# বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস



ডঃ সুকুমার সেন

য়াহৌদোক
জবাহরলাল নেহরু

অনুবাদ তৌবা
হিজম গুণ সিংহ



সাহিত্য অকাদেমি

হিত্যগী
ঐনা
থিবীগী
হেক
বাংলা
মহুগা
-শাগৎ-

ইরিকপি
হায়বসি

বগীদমক

সে.

মতুদি, লাইরিক হৈরে হায়না মশানা হায়জরিবা ভারতবর্ষগী মীওই খুদিংমক্কা মহাক মশাগী মরোন্দু নত্তবা অতৈ লোনগী মরমদস্ত মহাক খঙফম থোকই। হায়রিবা লোনশিং অসিগী থ্বাইদগী অথোইবা অমস্তং অফাওবা লাইরিকশিং অসিগা মরী লৈনবা জ্ঞান মশাদা লৈগদৌবনি অমস্তং অস্থুন্না তানশিনবা জ্ঞান অসিদগী পাকচাউরবা অমস্তং মশা-মরেং ফন্নবা ভারতবর্ষগী সংস্কৃতিগী হৌরকফম মশাদা চুশিনহনগদৌবনি।

মসিগী থৌদো অসিদা মতেং পাংননবগীদমক সাহিত্য অকাদেমীনা ঐথোয়গী লোন খুদিংমক্কী অথোইবা লাইরিকশিংবু ঐথোয়গী অতোপ্পা লোন অমদা অহুবাদ তৌ তৌদুনা পুথোক্লি অমস্তং ভারতকী লোনশিংগী ইতিহাসপু ইননবা হোৎনরি। অকাদেমী অসিনা অস্থুন্না ঐথোয়গী সংস্কৃতিগী হৌরকফমগী মরমদা খঙহল্লি ঐথোয়গী জ্ঞানবু পাকথোক-চাওথোকহল্লি অমস্তং হেন্না মতং হুজিনহল্লি অমস্তং ঐথোয়গী মীশিংদা ভারতবর্ষগী ৱাখল অমস্তং সাহিত্যদি মরুদা ইমান মান্নবা হৌরকফম অমত্তদগীনি হায়বসি খঙহল্লি।

থায়না মমাংঙৈদো মদং হুজিল্লবা, পূর্কৈ চোল্লবা অমস্তং চীংলেম্না ফজরবা সংস্কৃত লোন্না ঐথোয়গী লম লমগী লোনশিং অসিনা মশা মশাগী চাওথৎননবা হোৎনজখিবা পূন্নমক পূমকুপ কৃপশিন্দুনা অমস্তং থিংতুনা থন্নমী। সিগী মতুংদস্ত ফারসী লোন্না অস্থুন্না চাউথৎনবগী হোৎনজরকপদা অমুকস্ত থিংলন্মী। য়ুরোপতা, লাটিন অমস্তং গ্রীক লোন্না মফমতুগী লৈবাক লৈবাক্কী জাতিগী লোনশিংনা হোৎনজবদা অস্থুন্না থত্তুনা থন্দগী থৌদৌসিমক তৌরন্মী অমস্তং রেনেসান্সকী মতমতদা অমস্তং মতুংদতা তপ্পা তপ্পা হায়রিবা লোনশিং অসি চাওথৎলকখি। অস্থুন্নক ওইদুনস্ত সংস্কৃতনা ভারতবর্ষগী ৱাখলবু নমহত্তুনা থমখিবা থুৎপায় অদুনা লাটিন অমস্তং গ্রীক লোন্না য়ুরোপকী ৱাখলবু নমহৎখিবা অদুদগীদি য়াম্না হেন্না চেৎথিরন্মী। সংস্কৃত লোন লৈবাক অসিগী লৈহাওনি; জাতি অসিগী ধর্ম, পরম্পরাগী চৎনরকপা, পুরাণগী ৱা অমস্তং দার্শনিক ৱাখল পূন্নমক অসিগা মহাক্কা চেৎনা কোম্নদুনা হৌরক্লবনি।

ঐথোয়গী জাতিগী লোনশিং মপুং ফানা চাওথৎহনবদা থিন্নহল্লিবসি হায়রিবা মরমশিং অসিননি হায়বস্ত য়াই। অদুম ওইনমক হৌজিক চৎনরিবা লোনশিং অসি হৌরকপা কয়া য়াম্না কুইরবগে হায়বসি থিদোকপদা য়াম্না লুংঙাইবা অমস্তং অঙকপমা পোকই। অওইবমক তামিল লোন মথন্তা মরেপচৈ অমস্তং য়াম্না লিঙ্গবা মতমহু ফাওবা থিজিনবা য়াই। অধ্যাপক সেনগী লাইরিকসি পাকবদগী প্রাকৃত অমস্তং অপভ্রংশদগী বাংলা লোন মশা-মরেং অমুম অমুম ফন্দোরকই হায়বসি খঙলকপদা

হুংঙ্গাইবমা পোকই। মহৌশাদগী চৎনবুকপা থৌদোদা অহানবা হেক হৌগৎলকপদা ধর্মগা মরী লৈনবা ভক্তিগী ঈশৈ, গীতি অমসুং অধ্যাত্ম কবিতা অদুদগী পদ্যদা ইবা য়ারী অসুম্না মথং মথং ইরকই হায়বসি ঐখোয়না ফংই। অদুদগী মথং মথং সাহিত্যগী গদ্য রচনাগী খুৎই শেমগৎলকই অদুদগী নাটক, ইকোন কোনবদা উপন্যাস ইরকই। অধ্যাপক সেননা হৌগ্রবা লেখকশিংগী মরমদা য়াম্না শুগাইনা ইরি। ঐনা য়াম্না হুংঙাইজরিবদি বাংলা সাহিত্যনা চঙখোম্না চেল্লক্লিবা য়াঙলবা খোঙজেল অসিনি, মরু ওইনা পংকুই কুইথিগ্রিবা নোংচুপলোমদগী চঙলকপা প্রভাবকা মায়োক য়ানদুনা চেনখিবা য়াঙলবা খোঙজেল অদুনি। রামমোহন রায়, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, মাইকেল মধুসূদন দত্ত, বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, রমেশচন্দ্র দত্ত, শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমসুং চৎনবী ধারাদগী থজিক থেন্ননা উবা কাজী নজরুল ইসলাম হায়রিবা মীশকশিং অসি সাহিত্যগী চাওখৎলকপগী য়ারীসিদা য়াংলবা চীংদোনগুম থিঙত্ন্না লৈরি।

তৌইগুমসুং পূম্নমক অসিদগী ইবাং বাংলা লৈরিবদি সাহিত্য, চিত্রকলা, সঙ্গীত অমসুং শিল্পগী হীরম খুদিংদা থোইদোক হেন্দোক্না শীংথাননিংঙাই ওইরবা ঠাকুরগী পরিবারনি।

বাংলাগী মপান্দা লৈবা ঐখোয় অয়াম্বদদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মিংগা বাংলা সাহিত্যগী অচোবা মিংচৎকা লোয়নন্না পাঙথোকখিবা থৌদোগা অর্থ চপমান্নে। ঐগী চহী লেপ্পাগী মীওই পূম্নমক ঠাকুরগী পাক-চাউরবা ব্যক্তিত্বগী মরুমদা চাউরক-খিবনি অমসুং থঙনা থঙদে, থঙদনা থঙদে, মহাক্কী প্রভাবনা শেম্বী-শাবিরকপনি। মহাক ভারতকী থায়নগী ঋষি অমগুম থায়নগী অশ্লিবদগী ফংবা জ্ঞান মমুৎ তানা থঙবদগী হেন্দোক্না হৌজিক হৌজিক্কী সমস্যাশিংগা মায়োক্নবা ওম্মী অমসুং তুংদা ওইরক্কদৌবা অদুবু উবা ওম্বা মীশক অমনি। মহাক বাংলা লোন্দা ইরম্মীদি হায়ববু মাগী ভাবনা কাল্লিবদি ভারতবর্ষগী অকক্লবা নমথৈ অমত্তগী য়া নত্তে। মরমদা মহাক ভারত পূম্বগীনি; মঙোন্দা লৈরিবা ভাব মীওইবা জাতিগীনি। মহাক জাতীয়তা অমসুং অন্তর্জাতিকতাগী ভাবনা ফুদোংলবা মীশক অমনি অমসুং মহাক্কা উন্নদুনা য়ারী-য়াতাই পাম্নরুবা অমসুং মহাক্কা ইবা পাক্নরবা মী অমগী য়াথন্দা করিগুম্বা লাইগী নোংদমদগী মীওইবনা থঙলক-উরকপদগী ফংলকপা জ্ঞান অমসুং লৌশিংগী য়াংলবা চীংদোনথক্তা চাকবগুম ফাওহল্লি।

অসি য়ৌনা মতিক মগুন লৈরবা ফাওবদা রবীন্দ্রনাথ পৃথিবী অসিদগী নত্রপা দাগী মীশিংদগী থৈদোক্না নাইতোম তাথিবা মী অমদি নৎলমদে। মহাক

মীওইপোক্কী পুন্সিবু হয়াও হয়াওনা লৌরম্মী অমসুং মতুবু সুংডাইনা লেপ্লিংলম্মী। ভাব অময়োমদা হায়বা তাব়বদা, মহাক্না পাঙথোকখিবা থৌদো খুদিংমক পুন্সি অসিগা মরী লৈনহল্লি। মহাক্না মাগী মরূপ অমদা অঙম্না ইরম্মী, 'মীওইবগী পুন্সিদা অমদা খঙদে অমদা খঙদে করিগুম্বা মওং অমদা মরী লৈনহনবা ঙম্লবা অতুগুম্বা মথলগী অচুম্বা অদো ফরবনি অমসুং মপুং ফাব়বনি।')

অধ্যাপক সেননা হায়বগুম্না কলমনা ইবা লোনগা চিন্না ঙাঙবা লোনগা অনীগী থেন্নববু কোকহল্লনবা অতৈ সাহিত্যকারশিংনা হোৎনরম্বগা য়েংনবদা ঠাকুরনা হোৎনরম্বনা হেল্লি। ভারতকী লেথকশিংনা মায়কৈ অসোমদা তমগদোবা য়াম্না লৈরি। অচৌবা সাহিত্য হাযবসিদি মীপুম খুদিংমম্না ইবাই লাইনা খঙবা ঙমগদোবনি, পাণ্ডিত্যগী হৈ-থোই-শীংথোইবতনা থল্লবা, রহস্যমক্তা মঙাইবা অমসুং খঙবদা য়াববা ওইরোইদোবনি।

জাতিগী সাহিত্যবু সুংশিবিবশিংগী মফমদা লাইরিক অসি পাবিনবা ঐনা হায়জরি।

জরাহরলাল নেহরু

সার্কিট হাউস,
দেরাড়ুন,
নবেম্বর ১১, ১৯৫৯

# লেখককী ৱারোল

মথাগী লামাইশিং অসিদা বাংলা লোন পোক্লকপদগী হৌহ্না বাংলা সাহিত্যগী থৌদৌশিং পুম্নমক তেনতক্না অতুগা চিত্তি চিথহন্দনা পুথোক্লবা হোৎনজে। ঐনা আলোচনা তৌজরিবসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা নোঙ্গাথিবা অমস্তুং অনীশুবা পৃথিবীগী লাণ্ডাওনা ঐথোয়গী য়ুম মনাক য়োশিল্লকপা মতম চহী ১৯৪১ ফাওবগীনি। হেক হৌরকপগী পন্দুপ কয়ামুক্তা অনৌবা ভারতীয় আর্য ভাষাগী ( মদুগী মঙ্গচনবা বাংলা লোনগীস্থ য়াওনা ) অমস্তুং সাহিত্যগী মচাকশিংবু আলোচনা তৌই অমস্তুং মদুগা লোয়ন লোয়ননা বাংলা লোন মথং মথং শেমগৎলকপগী অমস্তুং ময়েক শেম-শাগৎলকপগী মরমদস্ত চাওরাক্না নৈনজৈ।

পীরিবা আলোচনা অফংবা মচাকশিংদা তাংদুনা ইবনি অমস্তুং লাইরিকসি ইরিভৈদা ঐনা ইরিবসি বাংলা লোন থগুদবা মীওইশিংনা পাননবগীদমক্কি হায়বসি ঐহাক থক কাউজদে।

সাহিত্য অকাদেমীগী সভাপতি শ্রীজৱাহরলাল নেহরুনা ৱাহৌদোক ইবিবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমল থগুবা উৎচরি।

সু. সে.

# অনুবাদকী ৱাহৈ খরা

শ্রীগোবিন্দগী সনা চরণ অনীবু ইকোকথক্তা হাপচা, ভারতবর্ষগী অমসুং মণিপুরগী হৌজবা অমসুং লৈরিবা ঋষিশিং, পণ্ডিতশিং অমসুং অশৈবশিং পুম্নমকপু থম্মোয়দা চেৎনা কোক্লা, নিজরুই ঐনা ইথৌসি পাঙবা ঙমজবা। খন্নু খন্নুরগা কিরকই, পণ্ডিত সুকুমার সেনগুম্বা ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী শরাইবা পণ্ডিত অমনা ইবা ভারতকী চাউরবা লোন বাংলা লোনগী ইতিহাস মণিপুরীদা অনুবাদ তৌগে হায়না কন্নিখংগী ঐনা য়ারুবা!

অদুবু ভারতকী সাহিত্য অকাদেমীগী শিন্থানি, অসিগী মথক্তা অপূনবা ভারতকী লোনগী, সাহিত্যগী অমসুং সংস্কৃতিগী সেবা ফংজবনি হায়বসিগী ভাবতা করিস্থ খঙজ্রবা ঐনা থৌনা ফনা পায়খৎচখিবা ইথৌদাং ঙমিদি মপুংফাবা ঙমজরে। হকচাংদি পোখাবা ফংজরে অদুবু পুক্নিংদি। পুক্নিংদি পোখাফম খঙদ্রি। লোইগে তান্নিডে ৱাঙম খঙলমদে, লোইরগনা হেন্না য়ারক্লে।

ঐনা অনুবাদ তৌবদা ইরিবা পণ্ডিত অসিগী পুক্নিংগী অপাম্বা মওং-মতৌ হেক ওৎমথৈ ঙাক্লনবা হোৎনজে, খুদম ওইনা হায়রবদা পণ্ডিতসিমকী লাইরিকসিগী বাংলাগী সংস্করণদা সাহিত্যগী খুৎইগী মথল তাকপদা ইংরেজী ৱাহৈশিং লেঙদনা খম্বা থেংনজবদগী হায়রিবা ৱাহৈশিং অসি অদুমক হাপচিন্জে। অয়াবা মফম পুম্নমক্তা ৱাহৈ ৱাহৈগা চানহন্দুনা, য়াদ য়াম্রগনা ভাবার্থদা হন্দোকচে। মৈতৈলোনগী সাহিত্যদা তত্তনা শিজিন্নরবা সংস্কৃত অমসুং বাংলাগী ৱাহৈশিংসু মরাং কায়না অদুমক শিজিন্নে। অসুম্না হোৎনজবসিদা পাঙদবা ঐগী হৌনশা অরান-অছই য়াওরম্বা য়াই অদুবু থ্বাইগী ঙাকপীহৈবা গুণনা পুম্নমক্ক ঙাকপীনবা ইকোক লৈপাক তানা থুক্নমজরি।

অরোইবদা ভারতকী সাহিত্য অকাদেমীবু অমসুং মণিপুরী লোনগী এডভাইজরি বোর্ডপু অসিগুম্বা চাউরবা সেবা ফংহনবিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পণ্ডিত সুকুমার সেনগী মফমদসু শ্রদ্ধা ভক্তি কৎচৈ। অদুগা অকাদেমীগী জেনেরেল সেক্রেটরী ডাক্তর শুভেন্দুশেখর মুখোপাধ্যায় অমসুং অকাদেমীগী একজিকিউটিব সদস্য ডাক্তর ইরোম বাবু সিংহ অনীদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ডাঃ মুখোপাধ্যায়না ঙাইহাক

লৈতনা থবক অসি তকশিনবিরমত্রবা অতুগা ডাঃ বাবুনা তত্তনা থৌগৎপিরমত্রবা থবক অসি অম্বপ য়াংশিনবা ঙম্লমোই। পূম্নমকসিগী লমন পুক্সি চূপ্পা তোনশিঙ্গরে।

অম্বুবাদকী লাইরিকসিনা ইরোন্দা ফোঙলক্তুনা থ্বাইনা পাবিবা শুমিত্তু ঙাইজরি। ভারতকী লোন ঐথোয়গীম্ব শরুক যাওরি হায়বসি পৃথিবী পূম্বা খঙলসনু।

হিজম গুণ সিংহ

ইম্ফাল,
তাং ২৮। ৯। ৮৪ ইং

# হীরম লামায়

# বাংলা লোন অমসুং মযেক শেমগৎ-শাগৎলকপা

বাংলা লোন ইন্দো ইউরোপীয়ান লোন ফুরূপকী নোংপোক ইথং থংবা শরুক আর্য নত্রগা ইন্দো ইরানীয়ান হায়না খঙনবা লোন অতুগী মনুং চল্লি। মসিগী হেক হৌরকফম পুকোক লোন্দি সংস্কৃত নত্রগা অরিবা ভারতীয় আর্য লোন্দগী থোক্লকপা প্রাকৃত নত্রগা মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী উপভাষা অমদগীনি। সংস্কৃতনা রা ঙাংননবা অমসুং সাহিত্যগী লোন ওইনা আর্যশিংনা পানবা লৈবাক্তা চৎনরম্বসি খৃষ্ট মাঙ চহী ৫০০ মুক শুবা অতুরাই ফাওবনি, অসিগী মতুংদা উপমহাদেশ অসিদা লোন অসিনা সাহিত্যগী মপুং ওইবা লোন ওইনা শিজিন্নখিবা অমসুং চাওখৎলবা লাইরিক-লাইশু লৈবশিংগী মখুত্তা অমগা অমগা ফাওদোক্লনবা ঙাংনখিবা লোন ওইনা চৎনখিবসি চহী লীশিং অনীবোম্নি। ভারতীয় আর্যশিংগী ঙাংন-শরুনবগী অমসুং সাহিত্যগী লোন ওইনা শেমগৎলকপগী ইতিহাসকী খোঙথাং খুদিংদা সংস্কৃতকী খোইদোকপা প্রভাবকী ঈথিল চঙলম্মী। সংস্কৃতকী পুক্কে চোল্লবা অরাং-অপা নাইদ্রবা রাহৈশিংবু মতম পুম্বদা ভারতকী আর্য অমসুং অনার্যশিংগী সাহিত্যদা লৌশিল্লম্মী।

খৃষ্ট মাঙগী মঙাশুবা ৭মচৎ অতুরাইদা ভারতীয় আর্য লোনগী (হায়বদি লৈবাক থরনা ঙাংনরিবা সংস্কৃত লোনগী) উপভাষা কয়ামরুম থোক্লরম্মী অমসুং খৃষ্ট মাঙ ২৫০ শুরকপা অতুরাইদদি লোন অসি মশাদা য়াওরক্লিবা অওনবশিং অসিগা লোইননা শাগৎলকপদু মপুং ফাখিবম্মী। অমুম্না ওল্লকখিবা অসিনা লোন অসি অরিবা ভারতীয় আর্য লোনগা শাথিনা থল্লবক্তে, তৌবগীদি মতমদুদা লোন অনীসি অমগা অমগা ম্নকফাওমক ফাওদোক্লদবর্মাক্তে নংলমদ্রি। অওম্না ওল্লক্লিবা মওংগী ভারতীয় আর্য লোন অসিবু মধ্য ভারতীয় আর্য লোন নত্রগা থরা হেন্না পাকথোক্লা হায়রবদা প্রাকৃত হায়না খঙৈ।

অশোককী য়াথংশিং (খৃষ্ট মাঙগী চহী ২৫০) ভারতবর্ষদা চৎনরিবা আর্যশিংনা ঙাংনবা লোনগী ওসি ফাওরদা থম্নরবা খুাইদগী অরিবা প্রমাণগী খুদম অমনি, অমসুং মসিগী খুদমশিং অসিদা লমথৈ মরীদা শিজিন্নরবা মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী উপভাষা মরিথক য়াওরি, মখোয়দুদি, অরাং নোংচুপলোমগী, খা-নোংচুপলোমগী, নোংপোক-ময়ায়রোমগী অমসুং নোংপোক্রোমগী। অসিগুম্বা লমথৈ লমথৈগী ওইবা

উপভাষাশিং অসিনা মতমগী মতুংইন্না ওস্কোক-ওনশিন তৌত্নুনা আয লোন লোনবা ভারতবর্ষদগী চহী লীশিং অমদগী হেন্না চৎনতুনা লাকখিবসি মথোযশিং অসিনা য়ান্না শাথিনা মশক-মওং ওনখিদুনা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা মশীং যান্নবা অনৌবা ভারতীয আর্য লোনশিং অসি ওইরকখ্রিভ ফাওবনি।

মধ্য ভারতীয আর্য লোনশিং (নত্রগা থরা শেংনা হাযরগনা উপভাষা মযামশিং) হৌনশাগী ওইনা সংস্কৃত লোন্না তৌবগুম্না মথোযগী হৌবকপগী চহী লীশিং অমগা মথাযসিগী ইতিহাসতা হান্নগী ফিভমদা চপ লেপতুনা থক লৈরক্তে। খৃষ্ট ধর্ম্ম লাকখ্রিভে চহীচা কয়াগী মমাঙদা য়েকতুনা হকতুনা লৈরম্বা খুদমশিংদগী উবদা মধ্য ভারতীয আর্য লোন হৌরকপগী থ্বাইদগী অঙনবা মতমদা মশা মরেং ককথৎলবা অমস্থং লাইথোকহল্লবা সংস্কৃতকী মতৌ মাল্লি অমস্থং মসিগী উপভাষাশিং মথোয মশেল থঙনদবমথৈ অমগা অমগা থেন্নরমদে। খৃষ্ট ধর্ম্ম লাকখ্রিভ চহীচা কযাগী মমাঙদা যেক খোক্তুনা থমলম্বা খদমশিং পূন্নমক মধ্য ভারতীয আর্য লোন্দা ইরি। খৃষ্টগী তুং অহানবা চহীচা অসি ফাওবদা মধ্য ভারতীয আর্য লোন্না অসিগুম্বা খোদোশিং অসিদা শিঙ্জিন্নরম্মী অতুবু খদমশি অসিদা সংস্কৃতকী বাহৈ-রাতা অস্থম অস্থম য়াওশিল্লকই হাযবসি উবা ফংই। মসিনা তাক্লিবদি মধ্য ভারতীয আর্য লোন মতমতুদা অবিবা ভারতীয আর্য লোনগী মওং অতুদগী যান্না থুনা লৈথারক্রে অমস্থং মধ্য ভারতীয আর্য লোনগী উপভাষাশিং অমগা অমগা ফাওদোকক্লে হাযবসিনি। খৃষ্ট মাঙ চহী ৪০০ শুবকপা অতুব্রাইদদি সংস্কৃতনা থ্বাইদগী অথোইবা লোন ওইরক্রে অমস্থং মতম অতুব্রাইদা মধ্য ভারতীয আর্য সাহিত্যগী লোন্না ঙাংনবিবা লোন্দগী থৈদোক্লক্তুনা সাহিত্যগীদমক চৎনবী লোনগী অকনবা নিযম অমা শেম্নক্রে।

অতুবু মসিগী মমাঙ য়ান্না চথংনা মধ্য ভারতীয আর্য লোন অসিগী সংস্কৃতবী অয়োবী প্রভাবনা কোন্দুনা মপাঙ্গল লৈরবা সাহিত্যগী লোন শেমগৎচখ্রবনি। মসি থা মায়কৈগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপশিংগী পালি হাযবা লোন অতুনি। পালি হাযবসি নোংচুপলোমদা নত্রগা নোংচুপকী মযায়রোমদা চৎনরম্বা উপভাষা অসিদগী হৌবকপনি। আর্য লোন চৎনবা ভারতবর্ষ থুংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চত্তবশিংগী মরক্তদি পালি লোন অসিদগী থরা লাইথোকহনবা মওং অমথক চৎনরম্মী। অসিগুম্বা থ্বাইনা থঙনরবা সাহিত্যগী লোন উরিষ্যাগী ভূবনেশ্বর মনাক্তা তাবা উদযগিরিগী গুহাদা খারবেলানা হক্লম্বী অমদা য়াওরি (খৃষ্ট মাঙগী অহানবা শতাব্দী)। মসিগী লোনসি (উজ্জযিণী বিদিশাগী নাইথৈ মঙ্গং চৎনবী) মালৈবা হায়বা মতমতুদা লল্লোন-ইতিক্কী অমস্থং মপান লৈবাক-শিংগী মযুমী কৈনননবগীতা নৎতুনা ধর্ম্ম অমস্থং সংস্কৃতিগী মযায়থোকপা মঙ্গম অমা

ওইরম্বা মকমতুদগী হৌরকপনি। মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী উপভাষা কয়ামকুম অমসুং ভারতকী মতুং মপানগী অতোপ অতোপ্পা লোন কয়ামকুম লোনবা মীওই কয়ামকুম মফমতুদা তিন্নখিবদগী মী পূম্নমক্কা থওনগদৌবা ভারতকী লোন অমা ওঙাইফদনা থুনা শেমগৎপা তারম্মী। মতাং অসিদা নীংশিংগদৌবদি পালি লোন, মরুওইনা মমৈ লোমথরকপা মতাংতুদা চৎনখিবা লোন, অসি মথা মায়কৈগী বৌদ্ধ ধর্ম চৎপশিংগী মরক্তা ভারতীয় আর্য লোন লোন্দবশিং অয়াম্বনা মখোয়গী ওইনা শিজিন্নরম্মী।

দ্রাবীর লোন লোনবা কাঙলুপ ভারতকী থ্বাইদগী মরুওইবা কাঙলুপ অমা ওইরকই। সংস্কৃতকী ৱাহৈ-ৱাতা কয়ামকুম দ্রাবীর লোন্দগী চঙলকপনি অমসুং সংস্কৃত লোন শেমগৎলকপদা দ্রাবীর লোনগী প্রভাব চঙলকখিবশিং অতু থক থ ওইদবা যাদে। দ্রাবীর লোনগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা ভারতীয় আর্য লোন্না অরিবদগী ময়াম তাংফমদা চৎনরকপা লোন্দাদা ওহৈরবগী শাগৎলকপদা অকনবা ঈথিন পীখি হায়বসি ময়েক শেংনা উবা ফংই। দ্রাবীর লোনগী ৱাহৈ-ৱাতাশিং সংস্কৃতা থ্বাইদগী হেন্না চঙশিনখিবসি খৃষ্ট কুম লাকত্রিঙৈ হেক মমাঙ চহীচাশিং অতুদনি হায়বসি থ্বাইনা য়ানরবা ৱাফম অমনি অমসুং মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্না শেমগৎ-শাগৎখিবা মতাংসু মতম অসিদনি। দ্রাবীর লোনগী প্রভাবনা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দা শাগোন্নরা লৈখিবসি মরম অসিদগীনি, বাংলা অমসুং মাগা হৌমিন্নবা ভারতীয় আর্য লোনশিংনা উত্তরাধিকার ওইহৌবদৌনা দ্রাবীরগী ঈথিন মখোয়গী ৱাহৈ-ৱাতাদা যাওবা উই।

অস্ত্রমত্তবা লোনগী ফুরুপ ওস্ট্রো-এসিয়াটিকী প্রভাবসু দ্রাবীর লোনগী অতুদগী হল্লবা নত্তে, তৌবগীদি মসিগী প্রভাব অসি ভারতীয় আর্য লোন্দা কয়াম চাউনা চঙখিবগে হায়বদুমক্তি লেপ্পা ঙমদ্রি। হায়রিবা লোন অসিগী মরুওইবা ৱাহৈ কয়ামকুম লৌশিনখ্রে হায়বসিমদি লেঙদ্রবা ৱানি অদুবু ভারতা চৎনরিবা লোন্দা ওস্ট্রো-এসিয়াটিক লোনগী ৱাহৈ-ৱাতা কয়ামুক যাম্না য়াওখ্রবগে হায়বসিগী চে-চাং ফংদবদগী ভারতীয় আর্য লোনগী ধ্বনিবিজ্ঞান্দা অমসুং ব্যাকরণদা লোন অসিগী প্রভাব কয়া য়াম্না চঙখ্রবগে লেপ্পদা অপনবা অমা ওইরি। অদুম ওইনমক ভারতীয় আর্য লোনগী সাহিত্যদা মরুওইবা ফুঙ্গা ৱারীশিংদা অমসুং পৌরাণীক ৱারীশিংদা যাওরিবশিং অসিদগী ওস্ট্রো-এসিয়াটিক লোনগী য়াম্না মাঙওইবা মচাকশিং য়াওরি হায়না চিংনবা পোকহল্লি।

ভারতবর্ষদা লৈরিবা মরিত্তবা লোনগী ফুরুপ্পা টিবেটো-চাইনিজনি। মসিনা ভারতীয় আর্য লোন্দা চঙলিবা প্রভাবতি ওপ্পগী অকক্নবা ৱাহৈ থরদং পুশিনবতনি। হিমালয়গী চীংখোঙশিংদা তাবা লমদা ঙাংনু-শক্নরিবা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন্দা চঙলিবা টিবেটো-চাইনিজগী প্রভাব থোইদোক্না মপাঙ্গল কল্লি। অদুমক মসিগী

প্রভাবসি আসামীয়া অমসুং বাংলাগী উপভাষা থরগী ধ্বনিবিজ্ঞানদা থরম্নথৈ চঙবদগী হেন্না ভারতীয় আর্য লোন মপুংদা করিস্ন শোকউবা ঙমদে।

ভারতীয় আর্য লোন ওল্লিরৈঙ মতমদগীনা হৌজিক ফাওবদা মথং মথং শাগৎলকপগী মথং থাকশিং মথাদা পীরি :

(ক) অরিবা ভারতীয় আর্য লোন (১) চিন্না ঙাঙনরিবা (ইশিনহৌদবা) (২) সাহিত্যিক, ( বৈদিক অমসুং কথ্য সংস্কৃত ) অমসুং (৩) য়ানশিন্নরবা সংস্কৃত।

(খ) মধ্য ভারতীয় আর্য লোন-ইশিন্দুনা থমহৌদ্রবা অরিবা ভারতীয় আর্য লোন চিন্না ঙাংনবা অদুদগী শেমগৎখিবা। মদুগা থাক অহুমদুদি অসিনি (১) অহৌবগী মধ্য ভারতীয় আর্য-অশোককী অমসুং অতৈ অতৈগা ওল্লিরৈ মতমগী হকুনা যেক্তুনা থমলম্বশিংদা শিজিন্নবম্বা লোন অমসুং পালি, (২) অনীশুবা মতাংগী মধ্য ভারতীয় আর্য নত্রগা প্রাকৃত-মহারাষ্ট্রী, সৌরসেণী, পৈশাচী, অর্ধমাগধী, মাগধী অসিনাচিংবা, (৩) অহুমশুবা মতাংগী মধ্য ভারতীয় আর্য অপভ্রংশ অমসুং মসিদগা তুংদা ওন্থখিবা লোন, লৌকিক নত্রগা অপভ্রষ্ট (অবহট্‌ঠ)।

(গ) অপভ্রংশ অমসুং লৌকিকনচিংবদগী শেমগৎখিবা অনৌবা ভারতীয় আর্য, মখোয়দুদি, আসামিয়া, অবধী, বাংলা, ভোজপুরী, গুজরাটি, হিন্দী, কাশ্মীরী, মারাঠি, মৈথিলী, ওড়িয়া, পঞ্জাবী, রাজস্থানী, সিন্ধী অসিনাচিংবা।

সংস্কৃতনুম্না লৌকিক নত্রগা অপভ্রংশ ( অবহট্‌ঠ ) হায়বসিসু য়াম্না পাকশন্না শিজিন্নবা সাহিত্যগী লোন ওইরম্মী অমসুং অদুবা চে-চাংদগা থঙবদা মথাংশিং অসিদা লম-লমগী ওইবা হোংদোক হোংজিন থরতমক যাওরম্মী হায়বসিনি, মসিগী প্রমাণ হায়বদু লোন অসিগী মশাগী মওং মতৌ ইকাই কায়দনা বাংলাদেশতা অমসুং গুজরাটতা ফংবা কবিতাশিং অসিদা যাওরিবসিনি। ঙাঙনরিবা লোন্না মকম অমসুং মফমদুদা লৈবা মীশিংগী চৎনবী ফিভমশিংগা চাননবা শেমগৎখিবদগা তোঙান তোঙানবা লমথৈশিংগী লোন ওইরক্তুনা মমৈথংদদি অকরবা লমথৈশিং অসিতদা চৎনবা অনৌবা ভারতীয় লোন কাঙলুপ অমা ওইনা থোক্লকই। অনৌবা ভারতীয় আর্যা চিন্না ঙাঙনরিবা লোনশিং মতম অমতদা থোকমিন্নরকপা নত্তে। মখোয় থরদি ওল্লবদা তরাশুবা শতাব্দীগী মরায় চল্লকপদা থোক্লকম্মী। মসিগী মতুংদা বাংলা লোনসু যাওরম্মী।

লৌকিক নত্রগা অপভ্রংশ-অবহট্‌ঠগী ঙাঙন-শক্লবা লোন্দগী হেক পোক্লকপদগী বাংলা লোনগী মথং মথং চাওখৎলকপদা থাক অনীথক লানথকতুনা লাকই হায়রিব।

তাংক্ষমশিং অসিবু অরিবা অমস্তুং ময়াম্ন বাংলা হায়না কৌবা য়াই। হৌজিক্তি মসি অনৌবা নরগা আধুনিক্কী তাংক্ষমদা লৈরে। অরিবা বাংলাগী মতমসি ৯৫০ দগীনা ১৩৫০ ফাওবা চাওরাক্না ওইবা য়াই, ময়ায়গীনা ১৩৫০ দগীনা ১৮০০ ফাওবা অমস্তুং আধুনিক্কীনা ১৮০০ দগী হৌখিবনি। ময়ায় বাংলাগী তাংক্ষমদা থাক অনী থোক্না থায়দোকপা য়াই, অঙনবা অমস্তুং অথেঙবা। ময়ায় বাংলাগী অঙনবা শরুক্কী মতাং ১৩৫০ দগী ১৫০০ ফাওবনি। ময়ায় বাংলাগী অথেঙবা শরুক্না অঙনবা শরুক্কগী খেন্নবগী থোইদোকপা মতৌদি মথোয়শিং অসিনি: (১) বিশেষ্য অমস্তুং সর্বনাম পদগী বহুবচন্দা বিভক্তি শিজিন্নরকপা, (২) সমাপিকা ক্রিয়া পদদা বচন খেন্নবা খঙহনবগী মওং লৈহন্দবা, (৩) কোইথোক্না ভাঙবা ৱাঙাংগী ক্রিয়া পদ শিজিন্নরকপা অমস্তুং (৪) ফারসী ৱাহৈ কয়ামরুম লৌশিল্লকপা।

ময়ায় বাংলাগী তাংক্ষম মতমদা কাব্য-ভাষাগী লোন্দা জাত হায়বদি সাধারন মীওইশিংনা খঙবদা ৱারবা লোন্দা থর বৈষ্ণব কবিশিংতনা তোপ-তোপ্পা শিজিন্নরম্বা থেঙনৈ। কবিশিংতনা শিজিন্নরম্বা অসিগুম্বা লোন অসিবু ব্রজবুলি হায়বদি ব্রজ (বৃন্দাবন) গী লোন হায়না খঙনৈ অমস্তুং মসিগী খুৎইসি বাংলা দেশকী কবিশিংতনা শিজিন্নখিবা নত্তে। আসামগী বৈষ্ণব কবিশিং অমস্তুং উরিষ্যাগী ভক্তশিংনস্তু ব্রজবুলিদা ইরম্মী। লোন অসিগী হৌরকফম মরূ অবহট্‌ঠতা ইবা কবিতাশিংগী পরম্পরাদগীনি অমস্তুং ইবগী মওংনা মিথিলাগী উমাপতি অমস্তুং বিদ্যাপতিনচিংবা লোন অসিগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংবু শিজিন্নখিবা কবিশিং অসিগী খুৎইগী মওংহু লৌরম্মী। লোন অসিদা লম অদুগী ঙাংনরিবা লোনগী প্রভাব চঙই হায়বসিদা চিংনরিংঙাই লৈতেদি হায়ববু হায়রিবা প্রভাব অসিনা চঙলকপসি ময়ায় বাংলাগী লোইশিল্লকপা মতম অদুরাইতদনি। ব্রজবুলি চৎনখিবসি ময়ায় বাংলাগী মতম লোইখিবদা লোইরম্লে। ১৯ শুবা শতাব্দী চুপ্পা বৈষ্ণব কবিতানা কন্না চৎনহুনা লৈখিবা অদুগা ইরোইননা ব্রজবুলিস্তু অদুম লৈখিরম্মী। মসিগী লোন অসিদা ইকোন কোনবদা ইখিবদি নহা ওইরিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি। (মহাক্না ইহান হানবদা হোৎনজমন মায় পাকনা ইখিবা গীতি কাব্যগী খুৎই ব্রজবুলিদা ভানু সিংহগী ছথনামদা ইখিবা ঈশৈশিংহুনি।)

অরিবা বাংলাগী মরমদা ফংলিবা প্রমাণ ওইবা য়াবা চে-চাং হায়ববু হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা নেপালদগী থিদোক্লম্বা খুৎনা ইবা অধ্যাত্ম মূলক ওইবা 'চর্যা' ঈশৈশিং, অরিবা লাইরিকশিং অমস্তুং টীকাশিংদা পল্লম্বা অসিগুম্বা ঈশৈশিং অমস্তুং কবিতাশিংগী মচেৎ থর, অমরকোষকী মরমদা সর্বানন্দনা তৌরম্বা টীকাদা য়াওরম্বা ৱাহৈ চনীরোম অমস্তুং মাপলগুবা অমস্তুং তরাহুমদোইগুবা শতাব্দীশিংগী মরকী কোন্নী-কোম্পাক্কা অহুবাদ তৌবগী ইরম্বশিংদা য়াওরম্বা লমগী মখিং থর অমস্তুং ৱাহৈ-ৱাতা থর অসিনি।

চর্যা ঈশৈগী লোন্দা অবহটঠগী প্রভাব লৈহৌরিবদু অদুম উবা ফংই, মচ্চিদা করিম্ব ভরিংঙাই লৈতে। সংস্কৃত লোনগী মথক্তা অবহটঠস্ত মতমতুদা সাহিত্যগী অমক্তা ভাইরবা লোন ওইনা চৎনরম্মী অমস্তং চর্যা ঈশৈ ইবশিংনা অবহটঠদা। (অমস্তং সংস্কৃতস্থ) ঈশৈ ইরম্মী।

চর্যা ঈশৈশিংগী লোন লমদুদা ভাংনরিবা লোন্না মপুং ওই তৌইগুম্বস্তং লোন-দাস্থ সাহিত্যদা শিজিন্নগদৌবা লোন্দা জাৎনি। শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিং য়েংবদা নোংচুপ বঙ্গগী মাল্লি অদুবু মদুগী উপভাষাশিংদুনা তাকপদি ইরিবা লেখকশিং অদু হৌজিক্কী নোংচুপ বঙ্গগী মী ভাক্তদি নৎলমদে হায়বসিনি। ময়ায় বাংলাগী লোন নোংচুপ বঙ্গগী লোন্দা মপুং ওইনা তাংত্তনা অপুনবা বাংলা সাহিত্যগী লোন ওইনা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসং লৈবাক অসিগী মফম অতৈ অতৈদগী লাকপা ভল্লিঙৈ মতমগী লেখকশিংনা মথোয় মথোয়গী ৱাহৈশিং বাকপদ্ধতিশিংবু চিংনবা লৈতনা হাপচিন্দুনা ইরম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা চৈতন্যগী শক্তাইবা শিষ্যশিং অনাম্বা সিলেট অমসুং চট্টগ্রামদগী হৌরকপমক্তনি অমসুং মথোযনা ইবা খুৎইশিংদা মথোয় মথোয়গী লমদা চৎনবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়ামকম সাহিত্যগী অইবদা হাপচিল্লম্মী। অদুগীস্থ মথক্তা (হান্নগী সংস্কৃতগী উত্তরাধিকারীগী হিসাবতা লৌশিনখিবা ৱাহৈশিংদু নত্তনা) সংস্কৃতকী ৱাহৈ-ৱাতা কয়ামকমগু তপ্পা তপ্পা ময়ায় বাংলাগী সাহিত্যগী মরুওইবা মচাক লোইখিবা মীয়াম্না পাম্নবা পৌরানিক্কী অমসুং মহাকাব্যশিংগী ৱারীদগী লৌথোক্তুনা অতম অতম চঙশিল্লক্ম্মী। অঙম্না অতৎ-অথম লৈতনা সংস্কৃতগী লৌশিল্লকখিবা অসিনা সাহিত্যগী লোনবু পাকথোক চাওথোকহনখিদি হায়ববু মসিনা শিজিন্নরিবা লোনগা সাহিত্যগী লোনগা অনীগা খেন্নরকপদা য়াম্না ময়েক শেংহল্লি।

অহানবদদি অঙম্না খেন্নহনবসি ফারসী লোনগী (আরবী অমসুং তুর্কীগীসু য়াওনা) ৱাহৈশিং লোন অসিদা য়াম্না চঙশিল্লকপদগী থরমথৈ থিংবা ঙমলম্মী অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা ভাংনরিবা লোনগা সাহিত্যগী লোনগা হমান মান্নবগুম তৌরম্মী। বাংলাদেশনা মনীং-মথা তম্না লৈঙাক ওইরিঙৈ অদু ফাওবদি ফারসী লোনদগী পুশিনখিবা ৱাহৈশিং শুপ্পগী মরু ওইবা থরক্তমক ওইরম্মী, মরম অসিনা ৱাহৈগী মশীং য়ামলমদে। তৌইগুম্বসুং ১৬শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা আকবরনা লৈবাক অসিবু মাগী সম্রাজ্যগী মসুং চলহনখিবদগীদি অসিগুম্বা মপানগী ৱাহৈশিং বাংলাদা চঙলকপদা করিমত্তা শিংখিদ্রে।

লৈবাক্কী ৱায়েন থৌদাগী থবক পুন্নমক হৌজিক্তি দিল্লী অমসুং আগ্রাদগী ফাররকপা মুসলমান কর্ম্মচারীশিংগী মথক্তা তাদ্রে; মথোযনা প্রদেশ অসিগী সংস্কৃতিবু কয়া থৌওইবীরমদে অমসুং মথোয়না খঙদবা লোন অদুবুসু করিম্ব থৌশাল্লমদে।

ফারসীনা লৈবাক ব্রায়েনগী, আইন কানুনগী অমসুং লল্লোন ইতিক্কী লোন ওইনরম্মী। আগ্রা অমসুং দিল্লীনা হুংঙাই-য়াইফ পাম্বশিংগী অমসুং অথম্বা যাইতোং থমদোং-বশিংগী শাজৎকী লম-শাবা ওইরম্মী অমসুং প্রদেশশিংগী মরক্তা পাউ থাদোক-থাজিন অমসুং লল্লোন ইতিক তৌনবদা য়াম্না হেক্কৎলম্মী অমসুং অথিংবা অমত্তা লৈবমদে। ইংরেজশিংনা শাসনগী খুর্জি পাযত্রিঙৈ ১৭৬৫ ফাওবদা ফারসী ব্রাহৈ চঙশিল্লকপা হুপ্লেপ লেপলমদে। ১৮ শুবা শতাব্দী লোইরকপদা বাংলা লোন্দা অতোপ্পা লৈবাক্কী লোনগী মচং ওইবা ব্রাহৈ-ব্রাতা চাওরাক্না লৌশিং অনীয়েম লৌশিনখিরম্মা, ফারসী আরবীগী বিভক্তি ফাওবা অমা অনী শেমগৎলম্মী অমসুং তম্খাই অমা বাংলা অমসুং তম্খাই অমনা ফারসী লোন্দা ইবা গদ্যগী দলিলগী খুৎই অমসু পুথোক্লম্মী। অহানবদা লল্লোন ইতিঙা অমসুং ব্রাযেং-থৌদাগী থবক্তা চঙগদৌবা ইংরেজী ব্রাহৈশিং বাংলাদা লৌশিনবা হৌখি তৌইগুম্বসুং ফারসীগী প্রভাব, ১৯ শুবা শতাব্দীগী মরি শুবা চহী তরা তরানা শাবা তাক্কক, অকক্না হায়রবদা ১৮৩৮ ফাওবা হায়বদি বাংলা অমসুং ইংরেজী লোন্না ফারসীগী মহুক্তা আইনগী, লৌরুংশঙগী অমসুং ব্রায়েল থৌদাগী থবকশিংদা হেক শিজিন্নত্রিবা, ফাওবদি, অতুম কাযদনা চৎনরম্মী। মতমতুদগী হৌদ্রনা ফারসী ব্রাহৈশিং বাংলাদগী চিথোকপা হৌখিরম্মী।

১৬ অমসুং ১৭ শুবা শতাব্দীশিংদা মচং ওইবা ব্রাহৈ অমফাওবা বাংলা লোন্দা হাপচিনবা ঙমখিদবা ইউরোপকী অতোপ্পা লোন অমসু লৈরম্মা। মদু পোর্তুগীসনি। পোর্তুগীস লল্লোনবশিং অমসুং মথৌনা ফবা কাংবুশিংনা অনৌ অনৌবা লল্লোনপোৎ কযা পুরক্লম্মী অমসুং মসিগী নল্লোনপোৎশিং অসিগী পোর্তুগীস মমিংশিং অদু তুংকোইনা লৈখিরম্মী। মথোযগী ধর্ম্ম শন্দাকপশিংনা বাংলাদেশতা খৃষ্টান ধর্ম্ম পুশিল্লকখি অমসুং মশানা তাবা থৌদৌ ওইনা গির্জাদা অমসুং লাই থুরুম্বদা কেথোলীক ধর্ম্ম লৌরবা বাঙ্গালী মচাশিংনা শিজিন্নবা পোর্তুগীস ব্রাহৈ-ব্রাতা তঙাইফদনা চঙ-লকলম্মী। তৌইগুম্বসুং গির্জা অমসুং পাদরি হাযবা ব্রাহৈ অনীসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ব্রাহৈশিং অমত্তা বাংলাদা চুপশিনবা ঙমখিদে।

ব্রিটিশ শক্তিনা মরা চেৎলকপা অমসুং ইংরেজী শিক্ষা শন্দোক্লকপগা লোইন-লোইননা ইংরেজীগী প্রভাব হেন্না হেন্না চঙশিল্লকলম্মী, মরু ওইনা চঙখিবসি মাযকৈ অনীদনি, অহানবদা বাংলাদা মান্নবা ব্রাহৈ লৈতবা ইংরেজী ব্রাহৈশিংবু লৌশিনবা নত্রগা কর্ম্মপদ খঙহনবা ব্রাহৈ বাংলাদা ফংদবা মরমদগী ইংরেজী ব্রাহৈশিং লৌশিনবা, অনীশুবদা ইংরেজী লোন অমসুং সাহিত্যগী প্রভাবনা পুমক্কুপ কুপ-শিনখিবদি নত্তবা বাংলা সাহিত্যগী গদ্য-রীতি মথল অমা শেমগৎলকপা অনিনি। মতৌ তম্বনে নত্রগা পূনশিল্লে হায়বা খঙনা খঙনা মতৌ তম্বখিবা নত্রগা পূনশিনবদি

নত্তে হায়রবু আধুনিক বাংলা গদ্যদা বাকপদ্ধতি কয়া অমসুং ফোঙদোকপগী মফোঙ-দোক্তা লৈথোক-লৈশিন শান্নবগী মওং কয়ামুক অসি ইংরেজী লোনগী চিন্তা ধারাগী মমি তাবনি হায়বদা কায়স্থ চিংননীংঙাই লৈতে।

তরাবেৎশুবা শতাব্দীদগী হৌনা বাংলা লোনগী লমদৈথ লমথৈদা মপুং ওইনা চৎনবা লোন মরিথক লৈরম্মী হায়বসি শেংনা উবা ফংই। মখোয়সুদি— [১] নোংচুপ বঙ্গগী উপভাষা, [২] অরাং বঙ্গগী উপভাষা, [৩] অরাং-নোংপোক বঙ্গগী উপভাষা (মসিগী মঙং চল্লিবদি মহৌশা বাংলাগা যাম্না নক্করম্বা অরিবা আসামিয়া লোন) অমসুং [৪] নোংচুপ অমসুং থা-নোংপোক বঙ্গগী উপভাষা অসিনি। অহানবগী অনীসিগী মরক্তা খেন্নবদু অতুক হাক্লা মপাঙ্গল যাওদে। নোংচুপ অমসুং অরাং বঙ্গগী শরুক্তা অহানবদা উপভাষা অমত্তমক চৎনরম্মী হায়বসি চুম্নম্ব যাই। অতুমশুবা উপভাষাগী কাংলুপ অসিদা মনাক নকপদা তারিবা অনার্যশিংগী ঙাঙনরিবা লোনগী ঈথিন চঙলিবদু উবা ফংই। থা-নোংপোক বঙ্গগী লমদমশিংদা চৎনরিবা উপভাষাগী তোপ-তোপ তাবা খোন্থোকসিনা টিবেটো বর্মান লোনগী ঈথিন চঙই হায়বা তাকই। নোংচুপ বঙ্গগী সমাজগী মথক খোংবা কাংবুগী মীওইশিংনা নোংপোক থংবরোমদা ইতৎ তক্তনা ময়ুম হেক হেক হোংদুনা চংখিবনা নোংপোক অমসুং নোংচুপ বঙ্গ অনীসিগী উপভাসাশিং থবমথ মান্নে।

আধুনিক বাংলা সাহিত্যদা রূপ অনীথক লৈ। অমনা 'সাধু ভাষা' (হায়বদি ফজবা লোন) অমসুং অতোপ্পদুনা 'চলিত ভাষা' হায়বদি [চৎন ঙাংনরিবা লোন]। অহানবগীসিনা তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা মগাস বাংলাগী লমদমদা চৎনরম্বা সাহিত্যগী লোনগী মওং মতৌ লৌদুনা চৎনবিবনি। তকোনবগীসিনা হৌজিক্কী শতাব্দী অসিদা শেমখিবনি, শেমখিবা মশেমদি অহানবদা হুগলি তুরেলগী থা-থংবা তোরবৈ মপান্দা তাবা জিলাশিংদা তারম্বদগী কলকাতাদা হোঙ্গৎলকখিবা লাইরিক-লাইস্ত হৈবা মীওইশিংনা ঙাংন-শক্ররম্বা উপভাসা [নিয়ম নাইনা চৎনরক্রবা] অসিদগী শেম-গৎখিবনি। সাহিত্যগী খুৎইদা অনীসি যাম্না শাখিনা খেন্নবমক্তি নত্তে। ৱাহৈ-ৱাতা ইমান মমান্নে। মরু মর ওইনা খেন্নবিবসি সর্বনাম অমসুং ক্রিয়াপদগী মওংশিংদনি। সাধু ভাষাদনা অরিবা অমসুং চীংলেম্বা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অদুগা চলিত ভাষাদনা আধুনিক্কী যাংতক তাবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং শিজিন্নৈ। অহানবগীসিনা অভিধানগী ৱাহৈশিং অমসুং সংস্কৃতকী মওংদা সমাস তৌদুনা শেম্বা ৱাহৈ চয়েৎ শিজিন্ননীংই অদুগা অকোনবগীনা অয়ুক হমিদাং শিজিন্নবিবা ঙাংনরিবা ৱাহৈ, ৱারেংগী লৈচন অমসুং অকক্নবা অচাবা ৱাহৈশিং পাম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা থৌদোংবদগী চলিত ভাষা চঙথোক্না শিজিন্নখিবসি অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্লাও হোৌগৎলকপদা মতমদা

ইহাম হান্না প্রথম চৌধুরীনা ইথিরম্মী। সিগী মতুং থরা লৈরগা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরসু সাধু ভাষাদা ইরবদু পুম্নতোক তোকখিরম্মী। হৌজিক্তি থায়নগী চৎনরকপী সাহিত্যগী খুৎইবু পামজদবা নহারোল লেখকশিংনা চলিতভাষাদা ইবা য়াম্না পান্নরক্লে। সাধু ভাষাদা ইবনা থরদি লাই হায়ববু খুৎই অসি শীংথানীংঙাই ওইরকত্রে অমসুং তাল লয় য়াওদবা ওইনা লৌনরক্লে।

বাংলা ময়েকসু ভারতকী অতৈ লোনগী ময়েকুম্না অশোকী শিলা লিপিদা শিজিন্ন-রম্বা ব্রাহ্মী ময়েকশিংদগী হৌরকখিবনি। অশোকী শিলা লিপিদা য়াওরিবা মৌর্য্যগী ময়েকশিং মখল অনী শুই— অরাংথংবদা শিজিন্নবা মখল অতুগা থারোম থংবদা শিজিন্নবা মখল। অরাংথংবগী ব্রাহ্মীদগী গুপ্ত সম্রাজ্যগী মতুং চনবা অরাং ভারতকী ময়েকশিং শেমগৎলম্মী। মসিদা নোংপোকলোমগী ময়েকী নমুনা চঙবা উই। হায়রিবা নমুনাশিং কুমার গুপ্তগী (খৃষ্ট কুম ৪৩২) মতমদা বঙ্গদেশতা ফংবা খাইদগী লিরবা ধালাইদহগী কোরী-কোম্পাক্তা য়াওরি। নোংপোকী ময়েকশিং মথং মথং শেম্নকপগী মতাং মতাংশিং ধর্মপালগী খালিমপুর শাসনগী ব্রারোলদা (৮ শুবা শতাব্দীগী অনী শুরকপা শরুক্তা) অতুগা মহীপালগী বনগড শাসনগী ব্রারোলদা ১০ শুবা শতাব্দীগী অনীশুরকপা তম্থায়গী শরুক্তা) য়াওবা থেংনৈ। অকোনবগীসিদা য়াওরিবা ময়েকশিং অসি মৈহৌরোলগী বাংলা ময়েক্তি হায়বনা চুমগনি। উচ্চারণগা কোন্নবা বাংলা ময়েক ১২ শুবা শতাব্দীদা মপুং ফানা শেমগৎলম্মী। মসিগী প্রমাণদি লক্ষ্মন সেনগী তর্পণদীঘি শাসনগী ব্রারোলদা অমসুং কেমব্রিজদা থমলিবা 'যোগরত্ন মালা' অমসুং 'পঞ্চরক্ষা' (খৃষ্ট কুম ১২০০) কৌবা খুৎনা ইবা লাইরিকশিংদা য়াওরিবশিং অসিনি। মরম অসিনা বাংলা ময়েক ফোঙদোরকপা মতমগা বাংলা লোন থোরকপগা মতম অমত্তদা থোকখিবগুম তৌই।

শতাব্দী ১২ গী মতুংদগীদি বাংলা ময়েক হৌনশাগী মওংদা অতুম চাওথৎচরকই, হায়বদি, মশানা ওল্লকফম থোকপা ইননবগী মপোৎ মচৈদা (অহানবদা কোনা মনাদা অতুদগী চেদা) অমসুং ইবগী খুৎ লোইরকপদা। ১৮ শুবা শতাব্দীগী লোই-শিল্লকপা ফাওবদা ইবগী খুৎই অনীথক চৎনরম্মী; অমনা লৈতেং ওইনা ইবা অতুগা অতোপ্পা অমনা চুম্নগী ইবা। লৈতেংগী খুৎইসিনা ইবগী থবক্তা জীবিকা ওইবা কাংবু, প্রমাণ ওইনা শিজিন্নবা চে-চাং অমসুং দলিল ইবশিং অমসুং মমল য়াল্লবা লাইরিকচিংবা শিন্দোকপা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা ইনরম্মী। অতুগা চুম্নগী ইবা খুৎইসিনা ১৭ শুবা শতাব্দীগী বাংলা ময়েক্তনা খুৎনা ইতুনা থম্লবা মরামমতুদা য়াওরি। লৈতেংগী খুৎইশিং অম্নম চৎনখিবদগী মশানা অরিবশিংদা চনখিরম্মী; মসি মৈথিলী ময়েকা য়াম্না মান্নে অমসুং নাগরী ময়েকা লৈনরম্বা মরীচু য়াওদে। কুপ্পা য়েংবা অপাবা

অমনা 'শ্রীকৃষ্ণ কীর্তন'গী (১৮ শুবা শতাব্দীগী অহেঙবদা শিন্দোকখিবা) খুৎনা ইবা খুৎইগা সোমসুন্দর সুরীগী 'বাল-বোধনী'গী (১৪৫৬ তা শিন্দোকপা সচিলতকা, বরোদা, ১৯৫৩) খুৎইগী নাগরী ময়েক্কা অনীসি চাংদমদুনা য়েংলগা মসি খঙগনি।

হৌজিক্কী চৎনরিবা বাংলা ছাপা ময়েক খৃষ্টাব্দ ১৭৭৮ দা চার্লস উইলকিন্সনা ছাপা তৌনবা অহানবা হৈখিবনি। চৎনখিদ্রবা ময়েক খরস্থ অতুম ময়াওরম্মী। ১৯ শুবা শতাব্দীদদি চৎনদ্রবা ময়েকশিংসি পুমলো লৌখোকখি।

অনীশুবা পন্দুপ

## ইরৈবাক লোনগী মাওংগী র্বা

ঐখোয়না খঙলে, ভাংন-শক্লবদা অরিবা ভারতীয় আর্য লোনগা লোনসিংদগী হৌরকখিবা মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী হেক হৌগৎলকপা মতমদা চৎনরম্বা মওংদুগা মপুংদা খোইদোক্লা খেন্নরমদে অমসুং ওল্লিতে মতমগী মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দা য়াওরিবশিং চাওরাক্লা য়েংবদা সংস্কৃত লোনগী য়াম্না লাইহল্লবা অমসুং থাইনা পান্নরবা লোন্দাগা য়াম্না নক্লরম্মী। অদুবু চৎনরিবা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন শিজিন্নবসি স্ত্তপ্নগী খৃষ্ট মাওংগী অহমশুবা শতাব্দীগী অশোককী শিলা লিপিশিংদগী হৌরগা খৃষ্ট কুমগী অহুম-মরি শুরকপা শতাব্দীগী শান নিংথৌশিংগী (চীনাগী টুর্কিস্থানগী) সরকারী নথি-পত্রশিংদতা য়াওবা থেংনৈ। অসুম্না চৎনরিবা ভাংন-শক্লবা লোন অসিনা শাসনগী থবক্তা চৎনখিবসি অৱাং-নোংচুপকী লমথৈশিংদা নত্তনা ভারতবর্ষ শিম্বুংনা মতম কুইনা চৎনখিদে। মসিগী লামবা ওইনা চিৎতেনা সংস্কৃত লোন চোংথোকলকখি। অসুম্না সংস্কৃতকা ভাংনরিবা লোনগা চযেৎননা চৎনখিবসি মতম শাংনা লৈরম্মী অমসুং রুদ্র দামনগী (খৃষ্ট মাওংগী অনীশুবা শতাব্দীদা) জুনাগডগী শিলাবক্ষদা সংস্কৃত লোনগী অহানবা পাওথোকখিবা অমত্তা ভাইরবা থোদোনি। অদুম ওইনমক খৃষ্ট মাওংগী অহানবা শতাব্দীগী শিলা লিপিশিংদা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দা ইরিবশিংদা সংস্কৃতকী প্রভাব অদুম য়াওরম্মী। উদয়গিরিদা কলিঙ্গ নিংথৌ খারবেলানা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দা হক্তুনা থমলম্বা অসিদা ইরিবা খুৎইসি সংস্কৃত লোনগী আদর্শ লৌতুনা ইবনি মসি পার্সিগা য়াম্না মান্নে।

ওল্লিতে মতমগী হক্তুনা থন্নবশিং অসি কাইথোক্লগা য়েংবদা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন অথোই-অহেন নাইনা সংস্কৃত লোন্না কুপতুনা থন্নবসু সাহিত্য ইবদা চৎনদুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বা মধ্য ভারতীয় আর্য লোন অসি চৎনরিবা ধর্ম মতকা য়ানদবা বৌদ্ধ অমসুং জৈনগুম্বা ধর্ম চৎপশিংনা য়াম্না কন্না শিজিন্নরম্মী। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত লোনবু পুমথা থাদোকখিবদি নত্তে। বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা কাংবু খরা স্ত্তপ্নগী সংস্কৃত লোনতা শিজিন্নবসু য়াওরম্মী। অসিদা নত্তনা মখোয়না অরিবা অমসুং মধ্য ভারতীয় আর্য লোন য়ানশিন্নদুনা শেম্বা বৌদ্ধ (মিশ্র) সংস্কৃত হায়না খঙনবা লোন্দা জাং অমসু শিজিন্নরম্মী। হীনয়ান বৌদ্ধশিংগী থেরবাদী সম্প্রদায়শিংনা স্ত্তপ্নগী

পালি লোনতবু শিজিন্নরম্মী। জৈন চৎপা কাংবুনা অহানবদা অর্ধমাগধী অদুগা মমৈদনা অপভ্রংশদা ইরম্মী। পালিগী হৌরকফম ময়ায় লমদমশিংদা চৎনরম্বা উপভাষা অমদগী হৌরকপনি। মসিগী লোন্দাসি ভারতকী মপানগী লোন লোনবা কাংবুনা ইনরম্বা লোন্দা জাৎ অমনি হায়বদা করিস্থ চিংননিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক অঙনবা মতমদা ইবা পালি লোনগী কবিতাশিংদা মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী লোক সাহিত্যগী মওং হায়ফেৎ মানবা থরদি য়াওরি। মসিগী খুদম হায়ববু মপাম্বোংগী অকবা হায়বসিদগী আধ্যাত্মিককী ওইবা অকবদুনা অরোইবা অকবনি হায়বসিগী মরীদা ধনিয় কৌবা মরল লৈবা লৌউবা অমগা বুদ্ধগা ঙাংনবা রা। ইরিবা 'ধনিয় সুত্ত' হায়বদুনি। কবিতাগী শাগৎলকপগী মওং ঋগ বেদগী সংলাপ-সূক্তগী খুৎইদুগী খোম্বাং য়ৈবগুম খোকহল্লি। কবিতাশিংগী অহানবা শৈরেং অনীদু মথাদা অহুবাদ তৌদুনা পীরি—

ধনিয় : ঐগী চাক খোংলবনি; ঐগী শন শঙ্গোম শুন্নবনি; ঐ লৈরক্লবনি মহীগী তোর্ববান্দা মীরোল কয়া; ঐগী শঙ ফজনা কুপ্লবনি; মৈস্ত থান্দুনা থম্লবনি। হৌজিক্তি হে ঈশ্বর (নোংগী মপু), চুথবীরো ননীং তম্না।

বুদ্ধ : ঐ শাউবা তৈতে, কল্লক-মিহৌবা য়াওদে। ঐহাক লৈগনি হুমিদাং অমত্তং মহীগী তোর্ববান্দা; থম্নবা য়াওদে ইকোক থক্তা; মন্নংগী মৈ মুথৎথরে। হৌজিক্তি হে ঈশ্বর (নোংগী মপু) চুথবীরো ননীং তম্না।

পঞ্চতন্ত্রগী মমাঙদা লৈরম্বা পাউতাক্না থল্লবা থায়নগী ৱারীশিংবু অরিবা মওং অমদা পালি কবিতাশিংদা ইদুনা থমলম্মী। বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা ৱারী খোমজিনবশিং নত্রগা সম্পাদকশিংনা অসিগুম্বা অকবা পাউতাকী ৱারীশিং অসিদা য়াওরিবা নায়কশিংবু, মী ওইরবস্থ নত্রগা শা ওইরবস্থ বুদ্ধগী হৌথিবা মপোক অমগী লাংঙোন্নি হায়দুনা কাংলুপকী ওইবা মচু শঙজিন্দুনা শেমলম্মী। অসিগুম্বা ৱারীশিং অসি বৌদ্ধ সাহিত্যদা 'জাতক' হায়বদি 'বুদ্ধ পোকপগী ৱারী' হায়না খঙনরম্মী।

কনা কনাগুম্বা বৌদ্ধ ধর্মগী কাংলুপকী মীওইশিংনা অরিবা অমত্তং ময়ায় ভারতীয় আর্য লোন য়ানশিন্নদুনা শেম্বা লোন জাৎ অমা মখোয়গী ওল্লিঙৈ মতমদা ইথিবা লাইরিকশিংদা শিজিন্নরম্মী; মখোয়সিগী মন্নংদা খ্বায়দগী শীংথানীংঙাই ওইবশিংদি 'মহাক' বস্তু অমসুং 'ললিত-বিস্তর' হায়বশিনি। অহানবগী লাইরিকসিদা শুত্তনিপাত্তগী অরিবা কবিতা কয়ামরুম অমত্তং জাতক ৱারীশিং য়াওবা থেংনৈ।

'ললিত বিস্তর'গী ছন্দগী শরুক, শিজিন্নরিবা লোন অমসুং ছন্দগীদমক শাংথানবা য়াই অমসুং অনীমক অসি অপভ্রংশদা শিজিন্নরিবা অদুগা য়ান্না মান্ননা উই।

প্রাকৃত ব্যাকরন ইবশিংগী মাগধী লোনবা মান্নবা মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী নোংপোক নম্রগা নোংপোক মথায় লমগী উপভাষাদা ইবন্বা পরেং অহুমগী কবিতা অসিনা মুক্ত ছন্দদা ইবা খুৎইগী অমত্তা ওাইবা উপভাষা অসিদা ইরম্বগী নমুনানি। মসিগী কবিতাসি সরগুজা রাজ্যগী মন্নংচনবা রামগড চীংগী গুহা অমগী ফক্লাংদা হক্ক্‌না ইরম্বনি। মসি বৈদিক 'জগতী' ছন্দদা ইরম্বা কবিতানি অমসুং নাইতোম তাহৌরবা হুংশিবা অমগী থম্মোয়গী তেংথারোন্নি। মসিগী অন্নবাদতি মথাসিনি—

সুতনুকা কৌবী দেবদাসী,
হুংশিজে মাবু ঐনা কাশীবাসী,
দেওদীন কৌবা শেন-যেংবা।

খুৎইসি যেংবদা কবিতাসি খৃষ্ট মাঙগী শতাব্দী অহুমগুবদা ইরম্বা মাল্লি।

আর্য লোন লোনবা ভারতবর্ষ শিনথুংনা শিজিন্নবা মাবা প্রাকৃত লোনগী সাহিত্যগী খুৎইগী অকরুবা মওং লৈরমদে। তৌইগুম্বসুং অপভ্রংশ হায়বা মশাগী মতুং তাথরকপদা ওনখিবা লোন্নি হায়না ফজনবা অদুগা থাঙেশেংবদি মধ্য ভারতীয় আর্যগী ওাংন শরুবা লোনগী সাহিত্যদা শিজিন্নবা লোনগী মন্নং চনবা লোন অসি অরাং ভারত শিন্থুংনা থেন্নবা পংলৈ লৈতনা চৎনরম্মী। অপভ্রংশদা লম লমগী মতুংইন্না থরা থরা থেন্নবা যাওই হায়বসিদা যাদবদি ওমদে হায়ববু সংস্কৃতকী চুম্না লামবা তৌনখিবা ভারত অপূম্বগী সাহিত্যগী লোন অমদি ওইখিরম্মী।

গুজরাট অমসুং রাজপুতনাগী জৈনশিং যাম্না মথাই যাওবা, চোকথবা নাইদ্রবা অমসুং চাউর চাউরবা অপভ্রংশগী কবিতা ইবা লেথকমক্তনি। মথোয়না ইবা লাইরিকশিং পুরাণগী মতৌ মাল্লি অমসুং মন্নংদনা কাংলুপকী ওইনা তৌই। নোংচুপ ভারত্তা টর্জনশিংনা চৎনবকপা ওইনা লৌথিবদগী তুংকোইনা অপভ্রংশদা [অদুগা মমৈথংদনা অপভ্রংশদগী ময়াম্না ওাংনবা লোন ওইনা শেমদোকপ্পবা 'পিঙ্গল' হায়বা লোন্দা] ইনরম্মী অমসুং অসুম্না চৎনখিবা অসি অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন্না লমদম অসোমদা মপুং ফানা চৎনবরুবফাওবদনি। অপভ্রংশগী চৎনরকপসি অসুক্কী মতিক কনখিরম্মী মদুদি মুসলমান ফাওবা লোন অসিদা কবিতা ইনিংলম্মী।

ঐথোয়না থঙবদা অশেংবা অপ্রভংশদা থ্রাইদগী হান্না কবিতা ইথিবসি করিগুম্বা মহাক্লা ইরম্বা মিত্রাক্ষর যুক্ত ওইবা বিক্রমোর্বশী নাটকাগী ঈশৈশিংতুনা শাজিন্নবা

নংলমত্রবদি কালিদাসনি হায়নিংই। মতুংদা ইরকপা অপ্রভংশ নত্রগা লৌকিকী কবিতাশিং চোইনা চোইনা ইরম্বা কবিতা কয়ামুক্তা য়াওবা থেঙনৈ, মথোয়গী মতুংদা থরদি [১২ শুবা শতাব্দীদা] হেমচন্দ্রনা প্রাকৃত ব্যাকরণগী নিয়ম তাক্লবগীদমক খোমজিল্লম্মী। অসিগুম্বা কবিতাশিংসি ভারতীয় আর্য অপূম্বগী সাহিত্যগী পুক্কৈগী মমুং চল্লি। মথাদা অনুবাদ তৌদুনা পীরিবা কবিতাশিং অসিনা মমৈথংগী মপ্রভংশ গীতি কবিতাশিংদা অর্থনা থল্লবা মচিন থৌরবা ভাব কয়ামুক ফোঙদোকপগে হায়বা তাক্কনি।

চেনখি হুম্মিৎশিং তহা তহা, অনীংবা অপাম্বনা লৈথহৌই তুংদা, পেল্লু লৈজবা খরনা ফংলকখিনি থন্দুনতা হৌহনখি'হ্ন নপুন্সি।

উন্নরগা ঐগী হুংশিবগা পাঙথোক্কনি ইথৌদো, তৌথিদ্রিবা অদুম্না থক হুংশিবা'মনা। ঈশিংগুম অহনবা লৈপাক্কী চফুদা হাপ্পা চুপশিঙ্গগনি ইশাপূম্বা মঙোন্দা।

খৃষ্ট কুমগী অনৌগুরকপা চহী নীশিংগী অহানবগী শতাব্দীশিং থরগী মতুংদা নোংচুপলোমদা সিন্ধু অমসুং গুজরাটতগী হৌরগা নোংপোক্তা বিহার অমসুং বঙ্গদেশ ফাওবদা তাপ্লিবা লমদমশিংদা থ্বাইনা পাম্নরবা কবিতাগী খুৎইগী লোন ওইনা চৎনরম্বা অপভ্রংশ হাযবসি মতমতুদা নৈমিন্নরম্বা লেথকশিংনা 'লৌকিক' [হায়বদি মীয়ামগী ওইবা] হায়নম্ব কৌনরম্মী। 'লৌকিক'না চৎনরম্বসি অনৌবা ভারতীয় আর্যগী মকম মকমগী ওইবা লোনশিং থোক্লরবা মতম ফাওবনি অমসুং অকোনবগী লোনশিং অসিনা মঙোন্দা যানশিনখি। অদুম্না মকম মকমগী লোন ওইরক্লবা 'লৌকিক'বু অবহটঠ [হাযবদি 'হম্বুবরা'] হাযনা খঙনরম্মী অদুগা চৎনরিবা লোনবুনা 'দেশী' [হায়বদি লমথৈগী লোন] হাযনা খঙনখি। নোংচুপথংবা লমদমশিংদা পুথোক্লকপা মীয়াম্না পাম্নরবা অবহটঠ কবিতাশিংগী 'প্রকৃত পৈঙ্গল' [১৫ শুবা শতাব্দীগী ঙল্লিঙৈ মতমদা খোমজিনখিবা ওইরম্বা যাই] কৌবা লাইরিকসি প্রাকৃত অপভ্রংশগী ছন্দগী নিয়ম অমসুং লক্ষনগী মরমদা ইবনি। মথাদা পীরিবসিনা লাইরিক অসিগী কবিতা থরগী শৈদাগী ফজবতু তাকলি।

মহাক্তো ঐগী হুংশিবা চৎখ্রে থাপ্লা ঙমথৈ লাম্না চুরক্লে নোং হৌরে মথুম মরাং ঐগী থম্মোয়।

হৈনৌ পাম্বীশিং তনৌহল্লে অনৌবা মপাল্লা।

অরাঙদা উরিবা পুংলবা উরিশিং শিমুল-তুলা উপালবু য়েৎলিবা, ফ্দোংলক্লে লৈরাংনা। অসি ফাওবদা হে ঐগী হুংশিবা চৎপ্রবা নহাল্লা লৈরিগত্রা হুংশিবা হায়রবদো, লৈরিগত্রা ঋতু বসন্ত।

পণ্ডিতশিংনা মতম পুম্নমক্তা সংস্কৃত শিজিন্নরম্মী। তৌইগুম্বসুং কালিদাসকী মতম হেক লেনখিবদগীদি সংস্কৃত সাহিত্যগী খুৎইশিং ব্যাকরণগী শব্দকোষকী অমসুং ছন্দগী লৈথোক-লৈশিনগী মওং-মতৌ তাকপরোমদতা চথখিবগুম তৌরম্মী অদুগা ভবভূতিগী মতুংদনা সংস্কৃতকী নাটকশিং চুম্নগী মতৌ তম্বগী মওংদতা থঙনরম্মী। সংস্কৃতকী গদ্য সাহিত্যনা বাণভট্টগী হৈশীংবা খুৎইগী মতৌবু পাম্নুবদগী পুম্নাঙ মাঙহনখি। অরাংবা থাক্কী লোনগা ভাংন-শক্নরিবা লোনগা অসুম অসুম লাপ-থোক্নরকপসিদগী মথ্রাই য়াওনা থিজিন-হুমজিন্দুনা সংস্কৃত সাহিত্যদা ইগে হোৎনব-শিংদা য়াম্না খুদোং থোকলমদে, মরম অসিনা অচাওরমগী আশা লৈজদবা জ্ঞান লৈরবা লেখকশিংনা মথন্তা তোঙান লৈরবা অমসুং তেন্না ইবা খুৎই পংক্তি মরীনা শাবা [শ্লোক] কবিতাগী খুৎইসিদা ইবনা ফরগনি নীংখিরম্মী। অসিগুম্বা অনৌবা সংস্কৃত সাহিত্যগী খুৎইদা ইবা কবিতাশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী লিবা কবিতাশিংগী থোমজিনবা লাইরিক অনীদি 'কবীন্দ্রবচনসমুচ্চয়' [নত্রগা সুভাষিতরত্নকোষ] অমসুং 'সদুক্তিকর্ণামৃত' হায়বা অনীসিনি।

বাংলাদেশকী সাহিত্যগী ঈহৌ অসি আর্য লোন লোনবা নোংচুপকী মীশিংনা অহানবা খুন্দারকপা হাক্তক অদুমুক কুইরবনি হায়না থাজনৈ। বাংলাদেশকী থ্বাইদগী অরিবা ইশিন্দুনা থমহৌবা লোন হায়ববু অরাং বাংলাগী ময়াম থোকপা লমদমদা ফংলিবা নুংদা হকলম্বা য়াম্না তেনগ্নবা অদুগা মচেৎ মচেৎ কেনগ্নবা য়াহৈশিং অদুনি। মসিগী লোনসি নোংপোকথংবা লমদমদা চৎনরম্বা অঙনবা মতমগী মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দুনি। ময়েক্না অশোক্কী মতমদা চৎনরম্বা ব্রাহ্মীগী ময়েক্নি। ইরম্লিবসি অরাং বাংলাদেশকীনি হায়বগী প্রমাণদি মসিদা পুন্ড্র শহর [পুণ্ড্রবর্ধন] গী য়া পল্লম্বা অসিননি। মসিগী মথংদা ফংলিবা প্রমাণ অমনা নোংচুপ বঙ্গগী বাঁকুড়া মনাক্কী চীংদোন অমদা [সুসুনীয়া] লৈবা গুহা অমা বিষ্ণুদা কথোক্লম্বগী সংস্কৃত্তা ইডুনা লৈরম্লিবসিনি। ইরম্লিবা অসিগী প্রমাণদগী ফংবগী মতুংইন্না কৎলমথিবা মীশক অসি মরীশুবা শতাব্দীদা পাল্লম্বা নিংথৌ অমনি হায়না তাকই। মঙাশুবা শতাব্দীগী কোরি কোম্পাকশিংদা ইরম্বা মন্দিরশিং অমসুং মঠশিং লিংথৎনবগীদমক নত্রগা নোংপোক্নোমদগী লাকপা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌনবগীদমক লম য়োনবা য়াগনি হায়বগী পররানা য়াওবা প্রত্নলিপিশিং ফংই। পাল নিংথৌশিংগী শাসনগা মরী লৈনবা চে-চাংশিংদা অহানবা ওইনা সাহিত্যগী হৌনবী য়ুস য়াওরম্মী। পাল নিংথৌশিংগী অমসুং মখোয়গী মতমদা অমসুং মতুংদা বঙ্গদেশ অমসুং আসামদা পাল্লম্বা, পালহৌবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা ইরম্বা কোরি-কোম্পাকশিংদা য়াওরিবা শাসনগী য়ারোল রায়েন থৌদাগী চেরোল ওইবদুমুক সাহিত্যগী

মচাকস্থ ওইরম্মী মখোয়শিং অসিদা কবিগী ভাবনস্থ ফোঙদোকপা ফজরবা শৈরেং কয়ামুক য়াওরি। মসিগীদমক থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে মরমদি নিংথৌশিং অমিনা চেয়োলশিং অসিদা য়াওল্লিবা সাহিত্যিক রা অমস্থং থাগৎ-রাহৈশিং অসি ইশিনবগীদমক কোস্থং শেনবা কবিশিং অমস্থং পণ্ডিতশিং হাপলম্মী।

নোংপোক্লোমগী অইবশিংনা সংস্কৃতদা মথাই যাওখিবদগী মধ্য ভারতীয় আর্য লোন [প্রাকৃত] সাহিত্যবু থোইদোক্লা থিজিনখিদে। লৈবাক্কী লোন ওইরবা ভারতীয় আর্য লোনগী থোঙ্গোক্তা নোংপোক্লোমগী মীশিংনা ঙাংবগা মযাম অমস্থং নোংচুপ লমদমশিংগী মীনা লোন মশাগী থোঙ্গোক্তা ঙাংলিবদুগা য়াম্না খেন্নরম্মী। মসিনা নোংপোকলোমদা চৎনবা লোন অতৈদগী তোঙান তারম্মী। কবি রাজশেখরনা [মাপনগুবা শতাব্দীগী] অস্থম্না হায় মদুদি বারানসীগী নোংপোক থংবদা তাম্লিবা মীশিং সংস্কৃত ছন্দ চুম্না পাবা ঙম্মী তৌইগুম্বস্থং মথোয়না প্রাকৃত পাবদদি অস্থম তৌবা ঙম্নদে। অদুম ওইন্মক বঙ্গদেশতা মধ্য ভাবতীয আর্য সাহিত্যগীদমক শীংথানীংঙাই ওইবা করিমত্তা তৌরমদে হায়বদি লানগনি। বঙ্গদেশকী লৌকিক [অবহট্ঠ] কবিতা ইবা শীংথানবা য়ারবা কবিশিং তান্ত্রিক সম্প্রদাযগী মকোক ওইবা সিদ্ধাচার্যশিংনা ওইরম্মী; অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন্দা হাযবদি বাংলাদা ইহান হাম্না ঈশৈ ইথিবসি মথোয়সিনি। মসিগী মমাঙ খর চথৎপা মতমদা ধর্মদাস কৌবা বৌদ্ধ পণ্ডিত অমনা মহাক্লা ইবদা প্রাকৃত অপভ্রংশ অমস্থং লৌকিক্কী পাথোংগী কবি-তাশিং খর পল্লম্মী।

বাংলাদেশনা [আসাম, থংনবদা তাম্লিবা উরিষ্যাগী শরুকশিং অমস্থং বিহারগী নোংপোক, মথা অমস্থং অয়াম্বা লমগী শরুকশিংস্থ য়াওরগ।] অকক্লবা লমথৈ শরুক অমা ওইথিবসি মাপনগুবা শতাব্দীদা পাল সাম্রাজ্য লিংথৎপ্রবা মতুংদনি। তুর্কিনা লাক্সারকক্তিঙৈগী মমাঙ হিন্দুগী ইরোই লোইবা নিংথৌ লক্ষ্মন সেন্না বাংলাদেশতা পাক্লিঙৈগী হাক্তক্তা লৈবাক অসিনা ইরোই লোইবা অমস্থং খ্বাইদগী মশক নাইরবা মচাক অমা অনৌবা সংস্কৃত সাহিত্যদা অবদান তৌরম্মী। মসি জয়দেবগী 'গীতগোবিন্দ' হায়বত্তুনি। মসিগী কাব্যসি নত্রগা মসিদা য়াওল্লিবা ঈশৈ কুনমম্বী অসি বাংলা লোনগীতা নত্তনা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী গীতিকবিতাগী পুম্নমক্কী মচং ওইবা শরুক্কি হায়বা য়াই। জয়দেব লক্ষ্মনসেনগা কুমপোক অমত্তদা পোকমিন্নরম্মী অমস্থং মাগী রাজ সভাগী সদস্য অমস্থ ওইরম্মী হায়না থাজনৈ। মহাক্কী পোকফম পশ্চিম বাংলাগী কেন্দুবিল্ব হায়বা মফমদুদনি; হৌজিক ফাওবা ভক্তশিংনা চহী থুদিংগী মফমদুদা তিন্নতুনা মাবু সম্মান তৌনরি।

গীতগোবিন্দগী ঈশৈশিং সংস্কৃত লোন্দা ইরমইদি হায়রবু মসিগী ছন্দ অমসুং শব্দগী মান্নবা শরুক্তি লৌকিক কবিতাগী খুৎইদা ইরম্মী। চেৎনা লৈরবা সংস্কৃত কবিতাদা খ্বাইনা পান্নরবা গীতি কবিতাগী তনৌ ; তনৌবা অমসুং থোইথুন্নরবা শৈশক হাপচিন্নুনা জয়দেবনা সংস্কৃত লোনবু অরোইবা ওইনা অমুক্তং হিক্তৎহনবা ওমত্রা হাষনা হোৎনরম্মী। জয়দেবগী কবিতানা ভারতকী আর্য লোনগী লোক সাহিত্যদা রাধা কৃষ্ণ অনীগী নুংশিনবগী রারীবু ইবিরমতুনা চহীচা কথাগীদমক থম্বিরম্লে। জয়দেবনা অসিগী মরমদা খুৎ থাগ্রিডে মমাঙদদি মসিগী রারীসি সাহিত্যদা অমসুং শিল্প কর্মদা ফজদবা রসকী রা ওইনা লৈরম্লবনি। 'সুভাষিতরত্নকোষ' কৌবা [খৃষ্টাব্দ ১১০০ গী অদুরাইদা বিদ্যাকর কৌবা বাংলাদেশকী বৌদ্ধ কবি অমনা ইরম্বা খ্বাইদগী লিরবা] সংস্কৃত কবিতাশিংদা রাধা কৃষ্ণগী নুংশি-নুংওনগী মরমদা ইবা কবিতাবু 'অসতী ব্রজ্যা' [ওক্তবী মুপীশিংগী নুংশি-নুংওনগী রা] কৌবা শরুক অদুদা হাপচিল্লম্মী। জয়দেবনসু মসি য়াই অমসুং মাগী কবিতাগী অহৌবদা শৈরেং অমদা মহাক্না অসুম্না হায—

> লৌজনিংলবদি নওগী থম্মোয শোল্লগা হরিবু থৌরাংলবদি নওনা নুংশিনবগী অথুপ্পা রাবু তারো থোইথুন্নরবা, নৌববা, শূমহৎলগদবা শৈরেংসে শকচরিবা জয়দেবনা।

রাধা হায়রবী মিংসি কাশ্মীরগী কবিশিংনা ইরমশিংদা ইহান হান্না থেঙনৈ। মসি অহানবদা সাধারণ বিশেষ্য পদ ওইরম্মী অর্থনা 'নুংশিথোইরবী' হায়রবনি। মসিগী পুলিঙ্গ 'রাধ' [অর্থনা প্রেমিক] হায়না অবেস্তাদা ফংই। প্রাকৃত নত্রগা অপভ্রংশগী গীতি কবিতাশিংদা রাধা কৃষ্ণগী নুংশি-নুংওনগী রারীসি অরাংথংবা লমদমশিংদা শোয়দনা পান্নরমগনি হায়না নীংই মরমদি জয়দেবগী ঈশৈগী মওং অসিগুম্বা অমা কাশ্মীরগী কবি ক্ষেমেন্দ্রনা [১১ শুবা শতাব্দী] ইরম্বা কবিতাদা য়াওরি।

খৃষ্ট কুম হৌগৎলকপগী চহী লিশিংগী লোইশিল্লকপা শতাব্দীশিংদা বঙ্গদেশদা রাধা-কৃষ্ণগী নুংশি-নুংওনগী মরমদা মহৌশা থক থোকথিত্রিবা মওংদা হৌরকখিবনা মরম ওইতুনা কবিতাশিং ইনরকপা মতাং অসিদা বঙ্গদেশকা কাশ্মীরগা য়াম্না নক্না লোইনরম্মী। মিথিলা অমসুং বাংলাদা বৈষ্ণব কবিতা শেমগৎলকপদা জয়দেবগী ঈশৈশিং অসিনা অকনবা প্রভাব পীরম্মী। জয়দেবগী গীতি কবিতাশিংবু ভারত শিনথুংনা ইথঙ থঙহৌদনা অমসুং রাম্না থরায় য়াওনা পাম্নখিবসিদগী [গীতি কবিতাশিং অসিগী মতৌ তমদুনা ইনরকপা অমসুং টিকা কয়া তৌনরকপনা মসিগী প্রমাণনি ] প্রদেশশিংগী লোক সাহিত্যদা মসিগী প্রভাব চুমথিরম্মী অমসুং লমশিং অসিগী

চৎনরিবা লোন চাওথৎপদা য়ায়া মতেং পাংলম্মী। মসিগী চপচাবা থুদমদি অরিবা গুজরাটি রাজস্থানীনি।

অনৌবা ভারতীয় আর্য সাহিত্যগী হৌরকফম মরুশিং মখাগীসিনি।

[ক] পুরাণদগী অমসুং মীয়ামা পায়বা রারীদগী লৌথোক্লকপা কৃষ্ণ বিষ্ণুগী রারী, [খ] রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী রারীশিং, [গ] শিব অমসুং শক্তিগী পুরাণগী রারী অমসুং মীয়ামা পায়বা রারীশিং, [ঘ] পুরাণদদি য়াওদবা মীয়াম্নদি পূজা তৌনবা দেবতাশিংগী রারী, [ঙ] মুংশি-মুংওনগী কাল্পনিক রারী, [চ] নীতি তাকপা শৈরেংশিং অমসুং [ছ] ভক্তিনা মপুং ওইবা অমসুং পাখোংদৌনা ইবা লাইনীং-লাইশোনগী কবিতাশিং। ইকোন কোনবগীসি অহানবা সাহিত্যদগী ‘লোঙথোক্লকপা মশা’ [উপকসল] হায়না লৌবসু য়াই অদুবু মসিগী মতুং চনবা লাইরিক কয়ামরুম অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী সাহিত্যদা পুথোরুম্মী। ইহান হানবা চৎনরিবা লোন্দা ইবা গীতি কবিতা কয়ামুক পুথোকখিবসি হায়রিবা লোন অসিদা ইবনি।

লম মশাগী মমারোনগী কবিতাদা অরাংবা সংস্কৃত লোনগী অকক্লবা অবদান হায়রবু ‘বারো মাস’ কৌবা তেন্না ইবা কবিতাশিংদা ফংলিবা অমসুং থেঙথরকপা মতমগী সংস্কৃতকী অচোইবা শৈরেংশিংদা [প্রকীন, উদ-ভদ) অলঙ্কার ওইনা অমসুং নাকোইননা তাকপদা শিজিন্নবা রাহৈ-রাতাশিং অমসুং তোইনা শিজিন্নবা রাহৈশিং মখা তাথনা শিজিন্নহৌবা অসিনচিংবসিনি। ‘বারো মাস’ তা শৈথারিবদি চহী অমগী থা তরানিথোই মাগী মুংশিনবগা লৈমিন্নরিবা নত্রগা কায়নরবা মুপী অমগী মুংঙাইবা অমসুং অরাবগী রানি, মসি থাঙৈশেংবদি কালিদাসকী ঋতু সংহার কাব্যগী মতৌ লৌদুনা ইবা খুৎইনি। অসিগুম্বা কবিতাশিং সাধারণ ওইনা বর্ণনা তৌদুনা ইবা রারীগী শৈরেংশিংদা হাপচিন্নে অদুগা মরম্নাই মথক্তা তাবা কবিতা ওইনসু ইনৈ।

মওংদা অমসুং মতুংগী মচাক্তা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন মধ্য ভারতীয় আর্য লোন্দগী পোকলকপনি, তৌইগুম্বসুং লোন অসিগী মতুং অমসুং মপান অনীমক্কী মচাক্তা লোন চৎনবিবা লম মতুং অমসুং মপান লমগী মখা পোন্না লৈ। অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন শাগৎলকপগী মওং অসিনা অনার্যশিংগী সূত্রনা মচং ওইবা থরতা ওম্থোক-ওনশিন তৌথিবা নত্তে হায়বসি তাকই। সাহিত্যগী লমদসু অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনসিদা সংস্কৃত লোনগী নত্তবা চৎনরকপা অমসুং থাজনবগী মপুং ওইবা শরুক অমসুং ভুঙাইফদবা হৌরকফম মরু কয়ামরুমগী মওং লৌদুনা শিজিন্নৈ। লোন অসিনা মধ্য ভারতীয় আর্য

সাহিত্যগী উত্তরাধিকারী ওইনা লৌশিনহৌবা শীংথাবা য়াবা থরদি পৌরানিক দেব-দেবীশিংগী অমসুং অকন-অথৌশিং হায়রবদি কৃষ্ণ, রাম, শিব, পাণ্ডবশিং অসিনচিংবগী পুরানগী ৱারীশিং অসিনি। সংস্কৃতকী নত্তবশিংদগী হৌংহোবা অযাম্বা শরুক্না অপ্রভ্রংশগী অমসুং লৌকিকগী খুৎইশিংদগীনি, খুদম ওইনা শিবগী য়ুম্বান পুন্সিগী ৱারী, নহা ওইরিবা কৃষ্ণগী নুংশি-নুংঙওনগী ৱারী, মনসা অমসুং বেহুলাগী ৱারী, মধবনলা অমসুং কামকন্দলাগী ৱারী অমসুং মখোযশিং অসিগা মান্নবা নুংশি-নুংঙওনগী ৱারীশিং, পাখোংগী কবিতা অমসুং নীতি তাকপা অমসুং শিক্ষা পীনীংঙাই ওইনা চৎনরকপা তাকপা ৱারী, অসিন-চিংবনি। ইকোন-কোনবগী অসিদা কান্নবা ৱা থরা অমসুং অঙ্কগী অচম্বা নিয়ম তাকপা অতেনবা কবিতা অমা য়াওই। বঙ্গদেশতা অঙ্কগী নিযম তাকপা কবিতাশিংবু 'আর্যা' হাযনা খঙনৈ। কবিতাসিবু অহানবা লেংখিবা প্রাকৃত লোনগী ছন্দগী মমিং লৌদুনা কৌখিবা ওইরম্বা য়াই। অসিগুম্বা কবিতাশিংসিগী মতুংদা থরদি হৌজিক থায়নগী ফজবতু অতুম লেঙদনা লৈরি। থবক থৌরম তাকপা ৱা, কান্নবা ৱা য়াওবা অমসুং অইং-অশাগী মরমদা ইবা শৈরেংশিং বাংলা দেশতা 'ডাকের বচন' ( হায়বদি অথঙ-অহৈশিংগী ৱা ) অদুগা হিন্দীদনা 'ভারলী পুরান' ( ভাট্টগী পুরান ) হায়না খঙনৈ। নুংশিনবা মশেন নুংশিবা অথোই-অহেন তান্নবগী মরমদা ইবা অশাংবা কবিতাশিংগী মরক্তা পাখোং য়াওবা শৈরেংশিংশু মতুং চল্লি। নুংশি-নুংঙওনগী ৱারীশিংদা মধ্য ভারতীয় লোনগী হৌবদগী চৎনরকপশিংবু থক কাউবা লৈতে। মানসা অমসুং বেহুলাগী ৱারী বঙ্গদেশ মশাগা চানবা ৱারীনি। মফম অসিদগী মসিগী ৱারীসি নোংচুপ থংবদা লৈরিবা প্রদেশ বিহারদা শন্দোকখিরম্মী। সংস্কৃতকী 'বিহ্বলা' দগী লৌকিকদা 'বেহুলা' হায়না কৌখিবা মিং অসিদগী মসিগী ৱারীসি অপ্রভংশদা অহানবা ইরম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। কৃষ্ণগী নুংশি-নুংঙওনগী ৱারী লৌকিক কবিতাশিংদা য়াওরি। বঙ্গদেশতা শক্তি নীংবগী শীংথানবা য়ারবা থায়নগী ৱারীনা ময়ায় যুগকী বাংলা লোন্দা ইবা 'চণ্ডীমঙ্গল' কবিতাশিংগী মরু ওইবা বিষয় ওইবসিনদি নায়িকাশিংসি অপ্রভংশ [illegible] ( লৈ মানবী ) অমসুং 'খুল্লনা' ( পিত্তক চেংতকপা ) হায়না কৌদুনা য় তাকই। মসিগী মমিংশিং অসিদা 'বেহুলা' গীদা তৌবগুম্না অপ্রভংশ ন থেঙথরকপা মতাংগী প্রভাব চঙই।

অষ্টমশুবা পন্দুপ

## ওল্লিবৈগী কবিতাশিংগী মওং-মতৌ

লৌকিক ছন্দগী মাত্রানা মপূং ওইবা অমসুং অরেম্বা রাহৈগী খোম্লোক তিন্নবগী মওং মতৌবু অনৌবা ভারতীয আর্য লোন্না উত্তরাধিকারী ওইনা লৌহৌই, ছন্দসিগী মওং অনীথক লৈ। মওং অমনা মাত্রা ( অমুক্তদা হাযদোকপা য়াবা শব্দ মাত্র ) তম্নাতকক্কী ছত্রনা শাই অদুগা নিপানশুবা অক্ষরদা যতি ( লেংফম ) থম্মী, অদুগা অতোপ্পা অমসিদনা মাত্রা কুনমগাগী ছত্রদা তরাহুমদোইশুবা অক্ষরদা যতি লৈ। অহানবগী মওংসিদা ছত্র মরীগী শ্লোকশিংবু 'চউপই' নত্রগা 'চতুষ্পদী' অমসুং অকোন-বগীবুনা 'দোহা' নত্রগা 'দ্বিপদী' কৌই। অদুবু অসিগুম্বা শৈরেং জাৎ অসিবু পূম্না 'দোহা' হায়না অদুম মথগুনরে।

অনৌবা ভারতীয আর্য লোন্না অক্ষরদা তাংদুনা ছন্দ শেম্বা অসিদগী হৌজিক ফাওবদা হেন্দোকপা ওমদ্রি। অরিবা বাংলাগী অধ্যায় শৈরেংশিংদা অক্ষরগী মতুংইন্না ছন্দ শেমলম্মী হায়বসি উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা অরিবা যুগ অদু ফাওবদা বাংলা শৈরেংশিংদা যুক্ত ব্যঞ্জনগী ধ্বনি থাদোক্তুনা দীর্ঘস্বর অমসুং যুক্তস্বরনা শাংল শাংলবা রাহৈ-রাতাশিং লৌথোক্লনবা কন্না হোৎনরম্মী। অদুম্না বাংলা লোনগী ছন্দদা মাত্রানা মপূং ওইনা শেম্বগী মহুত্তা ( করিগুম্বা অতেন অশাং মান্নবা অক্ষর যংবা মতমদা ) অক্ষরনা মপূং ওইবগা শেম্বসি যামনা থুনা চৎনখিরম্মী। অদুম তৌনা তোপ তোপ ত্তারবা বাংলাগী ( আসামিয়া, উরিযা অমসুং থোইদোক হেন্দোকনা ভোজপুরী ) দগী পয়ার ছন্দ 'চউপই' দগী শেমগৎখিরম্মী। অদুম্না শেমগৎলকপা ছন্দগী মশেম তম্নাহুমদোইশুবা শতাব্দী লোইরকপা মতমদা মপূং ফাখিরম্মী।

গুজরাটী অমসুং রাজস্থানী ( অমসুং হিন্দীসু ) গুম্বা নোংচুপথংবরোমগী লোন-শিংদদি মধ্য ভারতীয আর্য লোনগী মাত্রা মান্নদবা ছন্দগী মওংদু অদুম চৎনহৌই। মমিবু 'সোরঠা' ( সৌরাষ্ট্রগী মিংদগী লৌদুনা ) হায়না কৌই। অদুনা করি করিগুম্বদা হায়গী মসিগী অরিবা মমিং 'আর্যা' হাযনসু অদুম মথগুনৈ। প্রাকৃত অপ্রভংশ অমসুং লৌকিকতা ইবা অসিগুম্বা কবিতাবু 'গাথা' ( সংস্কৃতা 'গাথা' ) হায়না খঙৌন।

মাত্রানা মপূং ওইবা ছন্দদগী অক্ষরনা মপূং ওইহন্দুনা শেম্বা ছন্দরামদা ওল্লকখিব-সিনা বাংলা কবিতা হায়দোক-হায়জিন্দা লাইবা অমসুং থেক্না নৌরবা কবিতাগী মপাঙ্গল

হাপথি অমসুং বাংলা কবিতানা তরামঙা শুবা শতাব্দী ফাওবা ঙনখৎনা মকা কম্না শাৎচবা ঙম্মলম্মী।

মাত্রাদা পুমতাং তাংদুনা ইনরম্বা চৎনখিদ্রবা খুৎইশিংগী ছন্দগী ফজবা শৈহেক অমসুং নৌনা লৌশিনখিবা ৱাহৈনা হৌদোক্লুনা শেমখিবা খুৎইগী থোৎপা মেঙবা অসিগী লোয়ননা ফজনা ইবা গন্থগী লাইনা ফোঙদোকপা য়াবা মগুণ পূম্মকসি বাংলা কবিতাগী পয়ার ছন্দদা মপুং ফানা য়াওরি। অশাংবা অমসুং মথংশিংনা চথরকপা ৱারীগী শৈরেংশিং, 'মনসামঙ্গল', 'চণ্ডীমঙ্গল', 'ধর্মমঙ্গল' অমসুং 'চৈতন্য মঙ্গল' গুম্বশিং অসি নোংচুপ থংবরোমগী মতেক মতেক তারবা দোহা, চউপই অমসুং সোরঠা নচিংবদা ইবা ওইথোক্কে তৌইগুম্বং তনান তনাম্না লাইনা ইবা য়াবা বাংলা লোন্দতদি মসি য়াই, করিনা আধুনিক বাংলা লোন মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমসুং ৱবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মথল মথেলগী ছন্দগী অঙকপা মতৌগী পুক্কি অমা ওইহল্লমলে।

অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী কবিতা মথল অহুমদা থোকলকখি। খণ্ড কবিতা, ঈশৈ অমসুং ৱারীগী কাব্য। খণ্ড কবিতাশিং অযাম্বা মীযামনা পাম্বা মথলমক্তনি। ঈশৈশিং অসি ওল্লিঙৈ মতমতুদা ইবা লোইশিল্লমলবা ঙাক্তনি। ঈশৈশিং অসিগী শৈহেক অসিদা শক্কদোবনি হাযবগী স্বর তাক্লুনা থমলল্লবনি। কবিতাশিংগী ছত্র মশীং নিপান-দগীনা তল্লামরী ফাওবগী মচুংদা লৈ। অনীগুবা ছত্র অনীগী হেক লোইবদা 'ধ্রুবপদ' (হাযবদি লেপ্পা) অস্ত্রম্না ছত্র অনী অনীগী মথংদা লেপ্পগা হ ম্রগীদু অমুক অমুক হঙ্গল্লুনা শক্কদবনি। অরোইবা ছত্র অনীদা কবিগী মিং সাধারণ ওইনা হাপনৈ, মিংগী ক্রিয়াপদবু বাংলাদা 'ভনিতা' কৌই ('ভনই' নত্রগা 'ভনে' হায়না অতৈনা খঙনবদুনি)। অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী ঈশৈশিংগী খুাইদগী অরীবা নমুনাদি কৃষ্ণ-বিষ্ণুগী পৌরাণীক ৱারীনি নত্রগা কনাগুম্বা থূপ্পা লৈবা সম্প্রদায়শিং খরগী আধ্যাত্মিক পাউত্তাকশিংনি। অতোপ অতোপ্পা পৌরাণীকী ৱাফমদা তাংদুনা ইবা ঈশৈশিং খরসু লৈরম্বগুম তৌইদি হায়ববু মতুগী ওল্লিঙৈগী নমুনাশিংদি ফংদ্রে।

খরা শাংনা ইবা সাহিত্যগী খুৎই মথলবু সাধারণ ওইনা প্রবন্ধ কৌনরম্মী। "গীত গোবিন্দবু" অইবা কবি মশানা মমিং অসি থোন্নম্মী। নোংচুপ থংবা লমশিংদদি অসিগুম্বা ৱারী ওইনা ইবা কবিতাশিং অসি মথল অহুম থোক্না খায়দোক্লম্মী, ঐতিহাসিক, কাল্পনিক অমসুং আধ্যাত্মিক। অহানবগী মথল অনীসি অপ্রভংশ নত্রগা মশক তাকফম খঙদ্রবা লৌকিককাহিনীনা যোমলবা লোন ফাওবদা ফংই। মসিগী মথলসি অরিবা অমসুং মধ্য ভারতীয় মহাকাব্য অমসুং পৌরাণিক ৱারীশিংগী শরুক খরনা মথা চথরকপা ওইনম্ব তৌই। অপ্রভংশদা ইবা ধর্মগী নত্তবা খরা হেন্না শাংবা ৱারী

অমসুং গীতি কবিতাশিংবু সাধারন ওইনা 'রাসউ' ( সংস্কৃতকী 'রাসক' হায়বা ছন্দশিংগুনগী রস তাকপা জগোয় ঈশৈদগী লৌবা রাহৈনি ) হায়না কৌনৈ। মরম অসিনা মমিং চৎলবা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন্দা ইকোন কোনবা দিল্লীগী হিন্দু নিংথৌগী লানগী রারীশিং ইবা ঐতিহাসিক কবিতাবু মসিগী মমিংসি কৌরম্মী ( পৃথ্বীরাজ রাউস )।

বাংলা লৈবাক্তা ঐতিহাসিক ঈশদগীদি ধর্মগী অচৌবা রারীশিংবুনা হেন্না পুক্নিং চঙনরম্মী। পাল অমসুং সেন শাগেগী নিংথৌশিংনা মিংচৎ লৈবা থৌদৌশিং থরা ঈশৈ ওইনা কবিতাদা ইরম্মী হায়বসিদা থাজবা য়াবা মরম লৈ। সংস্কৃত অমসুং বাংলা অনী য়ানশিন্নবুনা ইবা তরাতরক নত্রগা তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী লাইরিক অমদা থন্নমলিব। ছত্র অনী অনীগী কবিতাশিং থরা নত্তনা বাংলাগা অরিবা ঐতিহাসিক রা ইবা পুন্নমক পুম্নাঙ মাঙখ্রে। কৃত্তিবাসকী মমিং থাবা ব্রজবুলিদা ইবা কবিতা মচা অমসুং নত্তনা বাংলাগী লাইবিক অমত্তুম্ 'রাসো' নত্রগা 'রাস' হায়বা মমিংসি কৌরমদে।

ঐতিহাসিক কবিতাগী চৎনরকপশিং মিথিল দেশতদি তরামডাশুবা শতাব্দী ফাওবা লেঙদনা লৈরম্মী। বিদ্যাপতিনা ইরম্বা খ্বাঙদগী অবিবা অমসুং খ্বাইদগী ফজবা লাইরিক্তি 'কীর্তিলতা' হায়বসিনি, মসি অবহটঠদা গদ্য অমসুং পদ্যদা মাগী অভিভাবক কীর্তিসিংহনা পাঙথোকলম্বা থবক কয়ামরম শীংথাঙুনা ইবনি।

বাংলা লৈবাক্তা তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী মমাংদা লাইগী অমসুং লাইগুম্না নীংনরবা অকন অথৌশিংগী মরমদা শক-শোন্নবা রা নত্তনা বারীগী মওংদা ইবা কবিতা অমত্তা থেঙনদে। অসিগুম্বা 'ধর্মপরায়ণ' ওইবা বাংলাগী কবিতাশিং অসিগী খুৎইগী মওংগা নোংচুপথংবরোমগী ভারতীয় আর্যশিংগী অয়োবী রোমান্টিক কবিতাগা অমসুং ঈশৈগী কবিতাশিংগা চাউরাম্না মান্নে। বাংলা অমসুং নোংচুপলোমগী ভারতীয় আর্য লোনগী কবিতাশিংগী মারবা মওংশিংদি অসিনি, (১) হেক হৌবদা থবক মপুং ফাহনবিবা ভুম্বা গনেশপু মহে অমসুং ঈশৈগী লাইরেম্বী সরস্বতীবু অমসুং কবি মশানা ইরাৎচরিবা অমসুং অতোপ অতোপ্পা লাইশিংবু খুরুমজবগী রা ইবা, (২) ইরিবা লাইরিক্তা য়াওরিবা নায়ক নায়িকাশিং ভগবান বিষ্ণুগী অমসুং মহাক্কী লোইনবীগী নত্রগা কনাগুম্বা মতম থরগী ওইনা শাপ ফংলবা লাইশিং মতৈ-মনাওগী শায়োন্নি হায়না খঙহনবগী রা, (৩) সহর অমসুং নিংথৌগী রাজসভানচিংবগী অমসুং উমং লৈকোন্নচিংবদা হৌবা উ-রা হৈ-লৈনচিংবগী মরমদা শুগাইনা তাকপা রা, (৪) নায়ক-নায়িকা অনীগী ( নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মপুং ওইবা চরিত্রশিংগী ) পাথোং চন্নবুনা ভাংনবশিংবু থাবা রা

অমসুং তুংশিনবা মশেন থুংনরকপদা তুংঙাইমিন্নবগী অমসুং কায়নরকপদা ৱাবা ৱা থুদিংগী ওইনা থা তরানীথোইগী ৱা শন্নোক্লা ইবা ( বারমাস্যা ) অসিনচিংবনি। ৱারীশিং অসি চপ চানা ইথোক্তিগী লৈঙৈগী মমাংদা ইনাক-কৈরাক খুনবশিং নত্রগা মন্দিরশিং য়োক-থাক্তুনা থম্বা ৱারী লীবনা মশিঙ্গাং ওইবা ৱারী লীবশিংনা ( 'কথক' নত্রগা 'বাচক' হায়না খঙনবশিংনা ) লীতুনা তাহল্লম্মী নত্রগা শৈরেং ওইনা থিনরম্মী। ইবা লোইরবা অসিগুম্বা কবিতাশিং ৱারী ওইনস্ত লীনরম্মী অতুগা শকস্ত শররম্মী তৌইগুম্বসুং ৱারী লীবগী মওংদি কায়দনা অতুম থমলম্মী। গদ্য ছন্দদা ফজনা ইরবা মৈথিলী লোনগী থাইদগী অরিবা লাইরিকশিংগী মতুং চনবা 'বর্ণন রত্নাকর' হায়বা জ্যোতিরীশ্বরনা ইরম্বা লাইরিক অতু হৌজিক ফাওবা ফংলিবা থাইদগী লিরবা ৱারী লীবশিংগী 'পুরাণ পঞ্জিকা' অমনি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিনা ৱারী ইবা কবিশিংদা অসিগুম্বা খুৎইগী মরম খঙহল্লি।

বাংলা নত্তবা অতৈ লোনগী বর্ণনা তৌতুনা ইবা খুৎইশিং অহানবদা 'দোহা' অমসুং 'চউপই' দা অমসুং অতোপ্পা মথলগী মাত্রানা মরু ওইবা ছন্দশিংদা ইনরম্মী, তৌইগুম্বসুং মতুং তাথরকপদদি অসিগুম্বা কবিতাশিং 'দোহা' নত্রগা 'চউপই' দতা ইনরম্মী। মরম অসিদগী অসিগুম্বা কবিতাশিংবুস্থ 'দোহা' নত্রগা 'চউপই' হায়না খঙনরম্মী, খুদম ওইনা, 'ঢোলা মারুরা দূহা', 'মাধবানল-কামকন্দলা চউপই', অসিনচিংবা। বাংলা লোন্দা বর্ণনা তৌতুনা ইবা পযার নত্রগা ত্রিপদী ছন্দদা ইনরম্মী। বর্ণনা মপুং ওইরিবা ৱারীগী শরুকপু অমসুং ৱারী মশাতুরু অস্তম অস্তম চথহল্লিবা পযারগী ( পরেং অনী অনীগী অতেনবা কবিতা ) পরেংশিং ঈশৈগী স্বরদা ঈশৈ হনবনা শকই, অমসুং মরম অসিদগী অসিগুম্বা পয়ারগী পরেংশিং অসিবু 'শিবালি' ( হায়বদি ঈশৈ শয়হল্লিবা বর্ণনা পরেং ) হায়না কৌনৈ। মসিগী অর্থসিদগীনি গুজরাটীগী অরিবা লাইরিক 'কনহড়দে প্রবন্ধ' দা 'পবরু' হায়বা ৱাহৈসি শিজিন্নরমলিবা। 'পয়ার' অমসুং 'পবরু' হায়বা ৱাহৈ অনীসি চপমান্নবা শব্দগী মথন্নি, অহানবা হৌরকপা মতমদা চপমান্নবা অর্থ ফোঙদোকপদা শিজিন্নরম্বা যাই ( মসিগী হৌরককম 'পদবৃত্তক' খোঙ থাংলমদাই খোঙহৌ হায়বা শব্দসিদগী ওইরম্বা য়াই। ত্রিপদীদা ইবা ঈশৈশিং ( যতি অনী লৈবা পরেং অনী অনীগী অশাংবা কবিতা ] নত্রগা পযারগী পরেংশিং ঈশৈ হনবনা [ মূলগা-য়েন্না ] শকই অমসুং মাবু তেংবাংলিবনা মাগা ঈশৈ শকমিন্নরিবশিংহুনি [ দোহার নত্রগা পালি ]। মসিগী ঈশৈগী [ সঙ্গীতকী ] শরুক্লা "নাচাড়ি" [ নৃত্য পাটিক জগোয়গী মওংদগী লৌতুনা ] হায়না খঙনৈ। ঈশৈ হল্লিবতুগী মখোঙ ওইদা নূপুর থাংই, মখুং য়েত্তনা চামর অমসুং [illegible]না মন্দিরা জোরা পায়। বাংলাগী ভক্তি রসকী মরমদা থাতুনা ইবা কবিতাদা [illegible]কপা ৱারী লীবা অমসুং অভিনেতা অমা ওইবগী শরুক

চঙই অমসুং ৱাহৌদোক হৌদোকপগী মতাংদনা বিশ্বসৃষ্টিগী অমসুং মহুগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়ামুক খঙবস্থ চঙই। [ অসিগুম্বসি মনসা, চণ্ডি অমসুং ধর্মনচিংবা মহাকাব্য-শিংদা য়াওদবা লাইশিংগী মকমদা ভক্তি উৎপা কবিতাশিংদতা ময়াওই ]; অসিগুম্বা শৈদা শক্তদোবা মীশকশিং পুরাণ থীবশিংগী [ পাঠক অমসুং কথকী ] চৎনবী ধারানচিং-বস্থ খঙজিনবা তঙাইফদে।

অসিগুম্বা অরীবা বাংলাগী ভক্তিগী ওইবা মরমদা শৈথাত্নুনা ইবা কবিতাশিং অসিবু "পাঞ্চালী" নত্রগা "পাঞ্চালিকা" হাযনা খঙনৈ, মশাগী অচাবা অর্থনা লাইফদিবী নত্রগা পুতুল হায়বনি। মসিগী মিংদা অসিদগী ভক্তিগী ঈশৈশিং অমসুং থীনরম্বা ভক্তি কবিতাশিংসি হেক শকপা থীবা হৌরকপগী মাঙওইননা লাইফদিবীগী জগোই হৌনরম্মী হায়বসি তাকই। হৌজিক ফাওবদা বাংলাদেশতা লাইফদিবীগী জগোই উৎপদা ঢোন থিন্দুনা কোর্তান য়ৈত্নুনা শারিবা জগোইত্নুগী ৱারী তাকপামা য়াওনরি। ভক্তিনা মপুং ওইবা ৱারীশিংদো যাওরিবা ৱাবীত্নুনা চাননা ইবা অশম্বা ৱারী ইবা অমসুং মত্নুনা চানবা মচু শংলবা চিত্রশিং য়েকপা চে [ পাটা ] হায়রিবা লাইফদিবীগী জগোইশিং উৎপদা হৌজিকস্থ ময়াম থ্ৱাইদা য়েংহনবসি চৎনরি। হায়রিবা চে অসি উৎলিবা মীওইত্নুনা উৎলিবত্নুগী ৱারী অচম্বা ছন্দদা শক্তুনা চেত্নু উৎ উত্তুনা ময়ামদা লীরি। অস্তম্না চে উত্তুনা পাঙথোকপা কুম্মৈ অসি পশ্চিম বঙ্গদা মতম অমদা য়াম্না পাম্ন-খিরম্মী। বাণ না অসিগুম্বা মথলগী কুম্মৈ "যমপট্ট" কৌবা অমা মাগী "হরশ্চন্দ্রিত্ত" দা পল্লম্মী।

ৱাজস্থানীগী পিঙ্গল লোম্না তৌথিবগুম্না নোংপোক ভারতকী উপভাষা মৈথিলীস্থ ১৪ শুবা শতাব্দীগী মচিনৈঙদা অবহট্ঠগী চৎনরকপগী মতেং লৌত্নুনা অমসুং মহাক্কী হৌরকফম লমত্নুদা চৎনরম্বা উপভাষাশিংগা য়ানশিন্নত্নুনা কাব্যগী লোন ওইনা শেমগৎ-চরম্মী। মিথিলাগী ইকোন কোনবা হিন্দু নিংথৌ হরসিংহগী [ ১৩২৪ গী মমাঙগী ] মন্ত্রি উমাপতি উপাধ্যায়না ইবা গীতি কবিতাশিং অরিবা মৈথিলী কবিতাগী নমুনা অমনি অমসুং মসিদা য়াওবা ঈশৈশিংগী কাব্যগী লোন যাম্না মপুং ফানা ওই। মসিদা ঈশৈ কুনমাথোইথক য়াওরি অমসুং ঈশৈশিংসি সংস্কৃতা ইবা অতেনবা নাটক "পারিজাত হরণ" [ স্বর্গগী লৈ হুরানবা ] হাযবসিদা হাপচিন্দুনা লৈরি। মতমত্নুগী ভারতীয় আর্য লোনগী সাহিত্যদা উমাপতিগী ঈশৈশিং মশক নাইবা লৈচন অমা ওইরি।

অনৌবা ভারতীয় আর্য সাহিত্যদা শকনাইবা কবি অমা ওইবা বিদ্যাপতি মথং শতাব্দীদা উমাপতিগী খুত্নুং ইম্না চৎলম্মী। উমাপতি অমসুং বিদ্যাপতিগী [ অত্নুগা অতৈ কবিস্থ লৈরম্বা য়াই হায়না থাজনৈ ] প্রভাব তীরহুতকী ঙমখৈ লাম্ছোক্তুনা শম্জোকখিরম্মী। মথোয়গী খুৎইগী মওং অমসুং সাহিত্যগী লোন নেপাল ফাওবা

থৌখিল্লম্মী। মথংদা বাংলাদেশ ফাওদুনা আসাম থৌখি। মতমদুদা তুর্কী অমসুং পাঠানশিংনা বাংলা দেশ অমসুং অমসুং বিহার জয় তৌখিবনা মফমদুগী পণ্ডিতশিং অমসুং কবিশিং নেপাল লৈবাক্তা মখোয়গী খুৎইগী নমুনা অমসুং লোনগা লোয়ননা চেনশিনখি অমসুং তুংনফম ওইখি। ১৬ অমসুং ১৭ শুবা শতাব্দীদা বাঙ্গালী বৈষ্ণবশিংনা মৈথিলী কাব্যশিংগী মোলসু কুপনা নৈনল্লম্মী। অসুম্না নৈনবদা লোন অসিদা অহিবা অমসুং ময়াম মতমগী ভারতীয় লোনগী লৈত্তেংনা থল্লবা অমসুং মুংশিংংওনগী সাহিত্য রচনাদা শব্দগী অরেম্বা অমসুং খোঙ্হোক্কী অমেওবা অমসুং মচু তানা ফোংদোকপা ওবা মতৌশিং অদি লেঙদনা থমলিবদু উরম্মী, অমসুং বাঙ্গালী কবিশিংনা লোন অসিবু মখোয়গী কাব্যগী লোন ওইহনখি। হান্না থাজনরম্বগুম্না মসিগী লোনসিনা বাংলাদেশতা চঙশিল্লকপদা বাংলালোনগী মশাগী অচাবা রাইহে অমসুং রাইহেগী মওংশু খত্তোক্লমদে অমসুং অসুম্না য়ানশিন্নখিবদগী শেমখিবা লোনসু ১৮ শুবা শতাব্দীগী অথেওবা মতম নত্রগা ১৯ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা অদুদগী হৌনা রাধা-কৃষ্ণগী পৌরাণিক রারীগী পোক্নফম ব্রজগী লোনমক ওইরম্বগুম্না ব্রজবুলি হায়না খঙনখিল্লম্মী। উরিয়াদদি হান্নগী গীতি কবিতাগী চৎনল্লকপা লৈরমদবনা মপান্দগী চঙশিল্লকপা কাব্যগী লোন অসিগী কান্নফম লৈখিদে। আসামদসু বাংলাদেশতা তৌখিবগুম্না ব্রজবুলি য়াম্না চাওখৎলম্মী।

দগী অমসুং বাণনা কন্না হোৎনরবসু নত্রগা মখোয় অনীগী খুৎইদুনা তৌখিবরা খঙদে সংস্কৃত সাহিত্যগী গদ্য খুৎইদা পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইখিদে। মধ্য ভারতীয় আর্য লোনগী ফুঙ্গা রারীশিংদা মতমদুগী চৎনবা য়াবা অমসুং ময়াম্না পাম্নবা গদ্যগী রারেং লৈরম্মী তৌইগুম্বসুং রারেংশিং অসি ইবা লেখকশিংনা নত্রগা খোমজিনবশিংনা সাহিত্যদা খুৎই অসিবু চাওখৎননবগী থক হোৎনরমদে। অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী মচিনথৈদা সাহিত্যগী গদ্য খুৎই চাওখৎনবগী ওইথোকপা য়াবা মরম লৈরমদে মরমদি লোন অসিগী সাহিত্যগী খোঙহৌমক্তদগী ঈশৈ অমসুং কবিতানা হৌখিরম্মী অমসুং অসুম্না চথখিবসি আধুনিক যুগ হৌগৎলকপগী মমাঙ হেক তাইনবা অদু ফাওবনি। অদুমকপু তোয়না তোয়না ইবা চৎনবা য়াবা অদুগা চন্নফমদি কয়া খঙদবা গদ্য থরদি অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী সাহিত্যদা হৌজিক ফাওবা লৌশিন্দুনা থমহৌরি। অওইবমক্তি মখোয়শিংসি গদ্য সাহিত্যগী অচাবা খুৎইমক্তি নত্তে, চুমগী ইবা তমথৎলকপদা মহৌরকলিবা কাংবুনা শিজিন্নবা লাইরিক মচানি ( কড়চা ) হায়বা য়াই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা লাইরিক মচাশিং অসিগী মরক্তা অমসুং কবিতাশিং থরদা গদ্য অমসুং পদ্যগী মরক্তা তোপ্ তোপ তাবা ছন্দ নাইবা গদ্যগী খুৎই ( রাজস্থানীদা মসিগী খুৎইসিবু বচলিকা কৌবা অদুগা বাংলাদসু মতম অমদা শিজিন্নখিবা ) জাৎ অমা

ঐখোয়না করি করিগুম্বা য়াওবা থেঙনৈ। অসিগুম্বা ছন্দ নাইবা গন্ত খুৎইসি অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনদা যাম্না ঙল্লিবৈ মতমদা য়াওথিবসি ব্রারী নীবশিংনা শিজিন্নবা, ইরম্বা জ্যোতিরীশ্বরগী মৈথিলী লোন্দা মওং কায়না ইবা গত্থী লাইরিক মচাদুদা য়াওরি। হাযবিবা লাইবিক অসিনা ঐখোয়দা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী খ্বাইদগী ঙল্লিবৈ মতমগী অমস্থং খ্বাইদগী শাংনা ইরম্বা গন্ত খুৎইগী নমুনাবু খঙহল্লি।

অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী খ্বাইদগী চাওখৎলবা লোনশিংগী মহুংচনবা বাংলা লোনগী গন্ত সাহিত্য মাগী ইতিহাসকী যাম্না ঙল্লিবৈ মতমদা ফোঙদোকলককনি হায়না খাজনরম্মী। অদুবু মত্ত থোকখিদে, মসিগী মবম অমদি লোনসি লোল্লিবা মীশিংনা শৈরেংতদা মথব্রায লূপখিবদগীনি অদুগা অতোপ্পা মবম অমনা লোন অসিগী মাত্রাগী হাইদোক-হাইজিন্দা অমস্থং ফোঙদোকপদা যাম্না লাইনা থোকপগী থোইদোকপা মগুণশিং অসিদগীনি। কৃষ্ণদাসনা ইবা চৈতন্যচরিতামৃতগুম্বা লুরবা লাইবিক ফাওবদা পয়ারদা ইরাই লাইনা ইবা যারবদা গন্তদা খুৎই অমুক পুথোকলুবগী কান্নবা লৈরমদে।

বাংলাগী গন্ত সাহিত্যগী খুৎইনা ১৮ শুবা শতাব্দীদা ইউরোপলোমদগী হৌবকপা অনৌবা রাখল অমস্থং মিৎযেংবু ঙাইহুনা লৈবা তাবম্মী।

মরিক্তবা পন্দুপ

## অরিবা বাংলা কবিতা অমসুং অধ্যাত্মগী ৱাথল

অনৌবা ভারতীয় আর্য লোন্দা অমত্তা ঙাইরবা সাহিত্যগী মরাং কায়বা খুৎই হায়রবু অরিবা বাংলা লোন্না লৌকিক নত্রগা অবহটঠদগী অপ্রভংশগী অহানবা খ্বাইনা ঙাংনবা লোনগী থাক্তা হেক ওনথৎলকপগী মতমদা লোন অসিদা ইরম্বা চর্যাগীতি হায়বদি আধ্যাত্মিক্কী ঈশৈগী শরুকশিং অদুনি। ঈশৈশিং অসিগী লোন্দা- সিদগী থঙবদি লোনসিগী শরুক থরদা লৌকিককিদা মওইবা মওং-মতৌ ময়াওই অদুগা থরা অমনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী লমশিংদা ওল্লিঙৈ মতমদা চৎনরম্বা অনৌবা ভারতীয় আর্য লোনগী মরু ওইবা শরুক থরম্ব য়াওই হায়বসিনি। তৌইগুম্বসুং লোন অসিগী ব্যাকরণদা, ৱারেং শেম্বদা অমসুং অচাবা ৱাহৈ শিজিন্নবদা বাংলা লোনগী হৌনবী নিয়মশিং লেঙদনা লৈ হায়বসিদা চিংননিংঙাই করিম্ব লৈতে। অসিগী মথক্তা ঈশৈশিং অসিগী মচাকশিংনা তাকলিবদি বাঙ্গালীশিংগী পুনসি অমসুং মখোয়গী সমাজগী ফিভম পুন্নমক ঈশৈ লেংবা কবিশিং অসিনা নিংথিনা থঙলম্মী হায়বসিনি। ঈশৈশিংসি ইথিবগী অককনবা মতম লেপ্পা ঙমদ্রে। ওল্লবদা খৃষ্টাব্দ ১২০০ অদুগা থেঙলবদা খৃষ্টাব্দ ১০০০ দগীদি হেন্দবা মতংসিদা ইথিবনি নীংই। ইরম্বনা মীরোল অনীদগীদি তাদবা মরি ফাওবগী মতুংদা লৈবা কবিশিংনা ওইরমগনি। থায়না মমাংঙৈদা চষা ঈশৈশিং অসিগা চাংদম্নবা যাবা হায়ববু ঈশৈ অনীথকী মচেৎ তারবা শরুক থরগনি, শরুক অমনা বিষ্ণুগী অবতার তরাগী মতিক মঙ্গল থাদুনা ইবা অমা অদুগা অতোপ্পা'মনা কৃষ্ণগী পৌরাণিক ৱারী ইবা। ইবনা শরুক্ক থরনা অরিবা মারাঠী লোন্দা অদুগা থরনা অরিবা ৱাজস্থানী গুজরাটী লোন্দা। জয়দেবগী গীত- গোবিন্দবু ঐখোয়না নীংশিংহনবা কবিতা অনী অসি মহারাষ্ট্রগী অনীশুবা চালুক্য শাগৈগী নিংথৌ সোমেশ্বর ভুলোকমল্লগী য়াথংদগী খৃষ্টাব্দ ১১৩০ দা খোমজিনখিবা সংস্কৃতকী বিশ্বকোষদা হাপচিন্দুনা লৈরি।

নেপাল দরবারগী লাইরিকশঙদা খোমজিন্দুনা থমলম্বা খুৎনা ইবা লাইরিক অমদা সংস্কৃতকী ব্যাখ্যাগা কোম্নরবা আধ্যাত্মিক ঈশৈ থরা হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা ফংলম্মী। ঈশৈশিং অসি ব্যাখ্যাগা কোম্নরা ১৪ শুবা শতাব্দীদা তিব্বতীয় লোন্দা অনুবাদ তৌরম্মী। ঈশৈ অনীগা অমসুং অতোপ্পা ঈশৈ অমগী শরুক থরগা তিব্বতীয় লোন্দা

অনুবাদ তৌদুনা লৈ, মাগী ঈশৈশিংদি খুৎনা ইবা হান্নগী লাইরিক্কী চেনা থরক মাঙখিবদা যাওখ্রে। নেপালগী লাইরিকসিনা ঐখোয়দা ঈশৈ যাম্ভেগী মচুংদা নিফুনিপালথক টিকাগা কোন্ননা থুংহল্লি। অহানবা অইবশিং থোমজিনবা লাইরিক্কুদা ঈশৈ যাম্ভেদগী হেন্না যাওবমদবা যাই তৌইগুম্বস্তুং মতমতুদা চৎনরম্বা চর্যা ঈশৈ থরম্ব মতুদা যাওরিবা টিকাশিংনা অতোপ্পা চর্যা ঈশৈগী লাইরিক্কগী লৌথোকলক্কুনা হাপচিল্লম্মী অসিগুম্বা হাপচিল্লকপা ঈশৈশিং অসিগী মরক্তা মীননাথনা ইবনি হায়বা চতুষ্পদী খুৎইগী ঈশৈ অমস্থ যাওরি। রাইং-রাতাদা অমস্তুং মচুংগী মচাক্তা চোম্বরকপা মতমগীনি হাযনা উবা চষা ঈশৈ থরম্ব বাহুল সংস্কৃতাযন্না ঘংলম্মী অমস্তুং দোহাকোষ কৌবা লাইরিক অমদা ফোঙদোকলম্মী।

চর্যা ঈশৈশিংগী খুৎই জয়দেবগী 'মতৌচু লৌবম্মী। ঈশৈ শরুদৌবা স্বরগী মমিং মকোক্তা হাপ্পী অমস্তুং ববিগী মমিংনা ইরোহ লোইবা পরেং অনীচুদা য়াওই। অনীগুবা পরেং অনীচুনা অমুক হঙ্গিন্দুনা শরূনবগীদমক ঈশৈগী যতি (খোনহায়) ওইহল্লি। সাধারণ ওইনা ঈশৈশিং অসি পরেং তরানা শাই অদুগা ঈশৈ অহুমথক্তুংদি পরেং তরামনিনা শাই। ছন্দগী শরুক্তা মাত্রানা মপূং ওইরগা শেম্মী। ছন্দগী মথল অনী যাওবা উই। ঈশৈগী অযাম্বা শরুক মাত্রা ১৫।১৬ যাওবা পরেংনা ওই অদুগা নিপান শুবকপা মাত্রাদা যতি থম্মী। মসিগী মওংসি হিন্দী রাজস্থানী গুজরাটীগী চৌপইগী মওংগা চপ মান্নে। মসিদগী পযার ওইরকই অমসুং মতমতুদা তাল মাত্রানা মপুং ওহবম্বা ছন্দতু রাইংগী খোম্বোক্কী মতুংইন্না শেম্বা মশাগী যতি লৈজবা ছন্দ ওইরকই। অতোপ্পা মওং অমসু মসিদগী মমৈথংদা ত্রিপদী (বাংলা লোনগী খোইদোবপা ছন্দ মথল। শেমখিবা অনিদগী পরেং ২৫।২৬ মাত্রা থম্মী অদুনা ৮ অমস্তুং ১৬ শুবকপা মাপদা যতি থম্মী।

চর্যা ঈশৈশিং অপুনগী বৌদ্ধ সাধিবশিংতনা হবন্দনি হাযনা থাজনৈ। তৌইগুম্বস্তুং অঃম্না থাজনবসি অইবা চেশিংদদি নংদে। ঈশৈশিং অসিদা বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিংগীদা নত্তনা বৌদ্ধ নত্তবা যোগীশিংগী সাধনাগী ঈশৈ মযাওরি। বাংলাদেশতা তান্ত্রিক সাধনা তৌবগুসি বৌদ্ধশিংগী মরক্তা মরু ওইনা মহাযান চৎপা কাংবুদুনি অদুগা মখোয নত্তবা অতৈস্ত লৈরম্মী। শিব নীংশিংবগী মরক্তা শৈব তান্ত্রিকশিং থাডশেংনা লৈবম্মী অদুগা বৈষ্ণব তান্ত্রিকশিংসু লৈবম্বা যাই হায়না থাজনৈ। অইবা মীশক অসিনি হায়বা থঙদবা শবর মতেংমনাওগী অরাবা খোদোনা লোইখিবা হুংশি-হুংওন রারীগী ঈশৈ অনীদা শৈব তান্ত্রিক্কী ভাব যোঙদোবই অদুগা কান্ননা ইবা ভোম মো অমবু মহাক্তা হুংশিবগী ঈশৈশিং থরদগু মসিগী ভাবসি যাওব্রা হাযনা নীংই। তান্ত্রিক উপাসনা

অমস্তং যোগ অভ্যাস তৌবা অনীসিমক মরম্নাই তৌজবা অকনবা সাধানাগী মথলমক্তনি তৌইগুম্বস্তং অনীসিগী খেন্নবা খবদি লৈ। তন্ত্র সাধনাদা ইন্দ্রি লাকশিনবা হায়বসি মরু ওইদে অতুনা সাধনাসি তৌবদা হুপীগা লোইনবদা কন্নিস্ত থিংদে। অমবোম্নদা যোগগীদি ইন্দ্রিবু লাকশিনবা হায়বসি তঙাইফদনা তৌবা তাই, মরমসিনা হুপীগা মরী লৈনবা মুপয়া য়াদে। লুই, সহর, ভুসুকু, দারিক, মহিণ্ডা, আজদেব অমস্তং কামলিন-চিংবা চর্যা কবিশিংগী ঈশৈদা তন্ত্র সাধনাদগীদি যোগগী ৱাথল অমস্তং শাজৎকী মরমদনা হেন্না ময়েক শেংনা তাকলি। বৌদ্ধশিংগী অশেংবা প্রভাব থরা য়াওবিবা হায়ববু মমিং মথা থরা অতুগা ৱাহৈ-ৱাতা থরা য়াওবিবা অসিতনি, খুদম ওইনা হাযরবদা, 'দশবল', 'এবংকার', তথাগত মঙাথক, নির্বান, কহ্নাগী ঈশৈশিং থরদা যাওবা জিন সহরগী মরমদা পল্লম্বা ৱা, মহিণ্ডাগী ঈশৈদা পল্লিবা মার হায়বা ৱাহৈ, অইবগী মশক থঙদবা ঈশৈ অমদা পল্লিবা 'হেরুক' অমস্তং 'বুদ্ধ' হায়বা ৱাহৈশিং, চাটিলগী অমস্তং কঙ্কণগী ঈশৈদা য়াওরিবা, 'বোধি', জয়নন্দীগী ঈশৈদা যাওবা 'তথতা' অসিনচিংবসিনি। ঈশৈ কয়ামরমদা যাওরিবা 'শন্য' হায়বা ৱাহৈসি মরু ওইনা মতমতুদা বৌদ্ধশিংতনা মখোযতগী ওইনা শিজিন্নখিবা ৱাহৈ নত্তে। ঈশৈশিং অসি লেংলম্বা লেখক কযামরুম সহজযান হাযবা বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিংগী কাঙবু অতুগী মস্তং চল্লি হাযবসিদা চিংননীংঙাই লৈতে। মতমতুদা নোংপোক ভারত্তা যোগগী লাইনীং অমস্ত চৎনরম্মী।

চর্যা ঈশৈ অহুমথক্কী অইবা মশিক কনানো হাযবা খঙদে। টিকাকারশিংনা মখোযসি বীণা অমস্তং শবরনা ইরম্বনি হাযনা কল্পনা তৌই। মখোযসিগী মস্তংদা যামদ্রবদা মরী অমদি গুরুশিংনা ইবনি হাযনা মমিং থাংদোকলবস্থ ইবদি মখোয়গী শিষ্যশিংনা ইরম্বনি, মখোয়তুদি, ঈশৈ অনী অমনা বুকুরীনা অমস্তং অনী অমগী অমমম্না ঢেণ্ঢেনা অমস্তং চাটিলনা। ঈশৈশিংগী অরোইবদা লেখক্কী মমিং ইবদা [১] শিজিন্নখিবা ইকাইখুম্নবা তাকপা ক্রিয়াপদ অসিদগী ঐখোযনা অনুমান তৌবা য়াবদি মখোয়শিং অসি নত্তবা অতৈ অহেনবা ঈশৈশিং অসিদি মতুদা লেখক্লি হায়না হাপলিবা কবিশিং অতুগী শিষ্যশিংনা ইবনি হাযবা অসিনি, মখোযতুদি, বিরুআগী ঈশৈ, মহিণ্ডাগী ঈশৈ অমস্তং সরহগী ঈশৈ অমা, অসিনি। ঐখোয়না বীণা, শবর, ঢেণ্ঢন,

---

[১] লাইরিক্কী অরোইবদা লেখক্কী মমিং থাকম শরুক্তা অমুম্না ইনৈ 'ক' না হায় [ খুদমদি 'লুই-ভানাই', লুইনা হায় ]। ১৭ শুবা শতাব্দীদগীদি শক তাকপা দ্বিপদী কবিতাশিং কবিগী মমিং হাপ্পশিং অসি 'ভনিতা' হায়না খঙনরে।

চাটিল, বিরুআ অমসুং মহিগুাগী মমিংশিং অসি কাইথোকখ্রবদি অরিবা বাংলা চর্যা ঈশৈ ইরম্বশিংগী মমিং তরামমরীথক্তমক ফংলে, মথোয়দুদি, লুই, ভুসুকু, কাহ্ন, কামলি, ভোম্বী, শান্তি, সরহ, আজদেব, দারিক, ভাদে, তাড়ক, কঙ্কণ, জয়নন্দী অমসুং ধম। মথোয়সিগী মনুংদা অমুক য়ামদ্রবদা অনীথক্তি উপাধিনি, মদুদি তাড়ক [ তাড়ঙ্ক ] হায়বদি পাম্বোম ফাবী অমসুং কঙ্কন হায়বদি খুজি। কবিগী উপাধিগী মওংদা 'কঙ্কন' হায়বা ৱাহৈ শিজিন্নবসি বাংলাদেশতা মসিনা অহানবা নত্তে। সদুক্তিকর্ণামৃতদা [ ১২০৬ ] কবি কঙ্কণনা ইবা সংস্কৃতকী কবিতা অনীথক য়াওরি ময়ায়গী মতমগী বাংলা সাহিত্যদা কবি কঙ্কণ অফাওবা কবি অমা ওইনা থগুনরম্মী।

কবি মরীথক নত্তনা অতৈ কবি পুন্নমক ঈশৈ অমমমতং ইরম্মী। লুইনা অনী সরহনা মন্নী নত্রগা অহুম, ভুসুকুরনা নিপান অমসুং কাহ্নুনা তরানীথোই ইরম্মী। দারিকনা ইবা ঈশৈ অমা হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা নেপালগী বৌদ্ধ লম্বোইবা অমদগী ফংলম্মী। সিদ্ধাচার্যশিংগী মরক্তা কাহ্নুগী মিং কৌবা মী অমদগী হেন্না লৈবম্মী। কাহ্নুনা ইবনি হায়রিবা ঈশৈ তরানীথোইসি য়ামদ্রবদা অতোপ অতোপ্পা মীশক অনীনা ইরমগনি নীংই। কাহ্নুনা ইবা ভোম রূপীগী হুংশি-হুংওনগী ৱারীগী ঈশৈ অহুমদা য়াওবিবা বিষয় বস্ত অমসুং মঙ্গংগী ভাবকা অতোপ্পা মহাক্না ইবনি হায়বা ঈশৈশিংদা য়াওরিবগা য়াম্না। খেন্নবা অসিনা তাকপদি ঈশৈ অহুমসিগা অতোপ্পা লেমহৌরিবা ঈশৈশিং অসিগা চপ মান্নবা লেখক অমত্তগী কলমদগী থোকখিবা নত্তে হাযবসিনি। তিব্বতকী পবমপবাদা কাহ্ন কৌবা মী কয়ামরুম লৈরম্মী। মথোয়সিগী মরক্তা অমদি বিরুআ নত্রগা [বিরূপ] হায়বা মমিংসিদা থগুনরম্মী।

চর্যা কবিশিংগী য়ামদ্রবদা মীরোল অনী গুরম্মী। লুই দারিককী গুরুনি। মাগী ঈশৈ অমদা কাহ্ননা জালন্ধরিবু পন্নম্বদা মাগী গুরগুম্না ইরম্মী। মতুংদা যোগীশিংগী পবমপরাদা জালন্ধরিগী অতোপ্পা [ 'হাড়ি-পা' ইকাই ] খুম্নরিবা ৱাইশিংপা ] হায়রিবা জালন্ধরি হায়বসিনা সরহনা ইবা শুদ্ধিবজপ্রদীপকী টিকা তৌথিবা লেখক ওইবা তাৱবদি অরিবা বাংলা চর্যা ঈশৈ ইরম্বসি মীরোল অহুমদি গুরে। কঙ্কণগী অশেংবা মিং কোকদত্ত কৌই অমসুং তিব্বতকী পরমপবাগী মতুংইন্না মহাক কামলিগী মচা-মশু নত্রগা শিষ্য অমা ওইরম্মী। ভোম্বী হায়রিবা কবিসি নাড নত্রগা নাড-ভোম্বী হায়বসিগা মীশক অমত্তনি। মাগী ঈশৈ থরা মূল চর্যা ঈশৈশিং খোমজিনবদা মরক্তা য়াওরম্মী অদুবু টিকাকারশিংনদি থেংনখিদ্রে। সরহ কৌবা নহা কাহ্নুগী শিষ্য নত্রগা মচা-মশু থোকপা অমসু লৈরম্মী, মহাক্নি দোহাকোষগী টিকা তৌথিবা। ঐখোয়গী কবি, অহল সরহ হায়বসি তিব্বতকী পরমপরাদা, মহা শবর, মহাযোগী অমসুং মহা ব্রাহ্মণ হায়না শিংথানরম্মী। চর্যা ঈশৈ ইবা অতৈ কবিশিংসু লৈরম্মী, মথোয়গী

ঈশৈশিংদি তিব্বতীয় লোন্দা অনুবাদ তৌবদুতা মঙাইরে। মখোয়গী মহুংদা তিলো নত্রগা কিলো ( লুইগী শিষ্য নত্রগা মচা-মশু অমা ), দীপঙ্করশ্রী জ্ঞান, বৈরাগ্যনাথ অমসুং মহাক্কী শিষ্য নত্রগা মচা-মশু থোকপা স্থগননচিংবশিং পনবা য়াই।

চর্যা সাহিত্যগী ওস্থোক্লা য়ামথ্রবা পোথোক লৈরম্বা য়াই হায়না থাজনবদুগী শরুক খজিক্কং নেপালী লোনগী খুৎনা ইবা লাইরিকশিংদা খোমজিন্দুনা লৈরি। লাইরিক অসিদা কবি খরগী কবিতা অমমমতং য়াওরবস্থ সম্মান তৌবদা মতীক চারবা ঈশৈ নত্রগা পরেং অনী অনীগী মাত্রা মান্নবা কবিতা মচা মচা কয়ামরুম ইরম্মী [১] হায়বসি মথাদা পীরিবা ঈশৈ লাইরিক্কী মমিংশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মখোয়দুদি, যোগীশ্বর শান্তিগী 'সহজগীতি', আজদেবগী 'কাণেরী গীতিকা', বিরুআগী 'পদচতুরশীতি' ভাদগী 'সহজানন্দদোহাকোষ গীতিকা' অসিনচিংবসিনি। চর্যা ঈশৈশিংগী টিকা তৌবসি টিকাকারনি হায়না ঐখোয়না খঙবা মুনিদত্ত মথন্তা নত্তে। টিকাকার অতৈগী লাইরিকস্থ তিব্বতী লোন্দা অনুবাদ তৌদুনা খোমজিন্দুনা লৈরি।

চর্যা ঈশৈশিং লেংলম্বশিংবু সিদ্ধাচার্য হায়না খঙনরম্মী, মরমদি মখোয় অসি আধ্যাত্মগী মরমদা অখঙবা মীশক আচার্য্য হায়বদু ওইবতা নত্তনা মখোয় মশামক সিদ্ধিস্থ ফংলবনি হায়না খ্বাইনা থাজনৈ। খরা অমবুনা 'মহাযোগী' নি হায়না শীংথানরম্মী অদুনা অতৈ খরা অমবুনা 'অবধুত' ( হায়বদি শেংদোক্লবা, অত্যাত অমসুং চময়বা কোক্লবা ) হায়না খঙনরম্মী।

চুম্না হায়বা তারবদা চর্যা ঈশৈশিংসি সাহিত্যগী য়ানরবা খুৎইগী মতুং ইন্না ইবা সাহিত্যগী পোথোক অতুমক্তি নত্তে। মখোযসি অকক্লবা শ্রোতা ভাবকশিং খরগী ওইনা ইরম্বনি অমসুং অইবশিংনা ঈশৈশিং অসিগী শিল্পরীতি অমসুং ভাবরসতগীদি মহুংদা য়াওরিবা বিষয়বস্তুদনা হেন্না পুক্লীং চঙলম্মী। ঈশৈশিং অসি মতম পুন্নমক্তা অর্থ অনীথোক্লা ফোঙদোকই মপানগী অর্থনা কুয়োম ওইদুনা মহুংগীদু কুপশিন্দুনা থম্মী। অসিগুম্বা অর্থ অনী য়াওবা খুৎইসিবু 'সন্ধাবচন' ( হায়বদি সংকেত ভাষা ) হায়না খঙনৈ। ঈশৈশিং অসি মপান্থোংদগী সাহিত্যগী ফজবা মহাও অদুম ময়াওই মরমদি মখোযসি থায়নগী চৎনবী নিয়ম ঙাক্লা ই তৌইগুম্বসুং মপান্থোংদা উৎলিবা ভাবনা মহুংদা য়াওরিবা গুরুশিংনা মশাগী আত্মাবু খঙনবা হোৎনরকপদা তৌখিবা যোগ সাধনা, ফংলকপা জ্ঞান অমসুং মপুন্সিংদা ফাওরকপা ভাব অসিনচিংবা পুন্নমকসি কুপ্তুনা

---

[১] মপুং ফাবা ঈশৈবু 'চর্যা' নত্রগা 'চর্যাগীতি' অমসুং মহুদা য়াওবা দ্বিপদী নত্রগা দ্বিপদীশিংবুনা 'চর্যাপদ' হায়না খঙনৈ।

থম্মী। মপাম্বোংগী অর্থনা চুম্নগী মীওইপোক্কী পুন্সিগী শক্তম অমা হায়রবদি নাটক অমদা অভিনয় তৌবগুম উৎপতনি [ যোগীশিং থরদি নাটক্কী অভিনেতাস্থ ওইরম্মী ]। মরম অসিদগী ঈশৈশিং অসিবু চযা হায়না কৌনরম্বনি।

অধ্যাত্ম সাধকশিংগী ব্রাখলদা হকচাংগী মীওইবগী কাই অমস্থং পুর্ত্রীং অসি পীক্রবা জগৎ অমগী পাংথক্কি অমস্থং চাউরবা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিমক হাযব্রিবা পীক্রবা জগৎসিম্বী শক্তম অমনি হাযনা লৌই। মী অমনা মাগী হকচাং কাযাৎনা পাঙথোক্লিবা থৌদৌশিংবু মপুংফানা লাকশিনবা ঙম্নবা, মহাক্কী জীবনা হকচাংগা থাইনরকপা তাঙ্গাদা জীবগী অমস্থং পুর্ত্রিংগী থৌদৌ পুম্নমকপু চেৎনা খুডুম চল্লবা অমস্থং মঙোন্দা অপাম্বা-মিহৌবা পুম্নমক লৈত্রবা ইপেন্দা মপেল্লবা অবস্থাদা লৈবা ঙম্নবা [ অদুগুম্বা অবস্থা অদুবু 'সহজ' কৌই ] অদুগুম্বা মহাক অদো শিবা নাইদ্রবা খুভমতু ফংলবনি, মসিগী ভাবতি অসিগুম্বা মীশক অমদদি হিংবা অমস্থং শিবা হাযবসি চপ মান্নরগনি হাযবনি। মথাদা পীরিবসি কাহ্নুনা মাগী কনাগুম্বা শিষ্য অমনা মহাক্কী [ কাহ্নুনা ] শিবমদাই যৌরক্লবদা মথব্রায ব্রাবতু উবদা থেমজিনবা ওইনা ঈশৈ অমদা শৈথানতুনা হাযরম্বনি।

'অপেনবগী অরোইবা ঙমথৈ ( সহজ ) থুংলবদা তিনথি আত্মাদো অহাঙবদা। ব্রাকগন্ত অতুনা মাঙথিবদা মচাকসি মী অমবু শারম্বা। করম থঙই নঙ কাহ্ন লৈররোই হাযবা? লৈগদৌরিবা মহাক কোযতুনা মবোল অহুমদা। অপঙবদনা কপ্পী উথিদবদা উরম্বা মাবু। অচৌবা ঈথরা কংহনবা ঙমত্রা সমুদ্রবু॥ মূর্খ ওইতুনতা মবৈবনা উবা ঙমদে শেংনা ঙমদবগুম থাগদোকপা শঙ্গোমদগী শদোং। লৈশেমসিগী মন্থংদা চঙলক্তে কনাস্থ, চৎস্থ চৎথিদে. মসিদগী। অস্থম্না থন্দনা হুংগ্রাইবি কাহ্নু যোগী। চযা ঈশৈ লেংবা কবিশিং সাহিত্যগী চৎনরকপীশিংবু ঙারা ইবম্মী। মথোয অরিবা অমস্থং মধ্য ভাবতীয আর্য লোন নিংথৌনা খঙনরম্মী অমস্থং লোন অদুদস্থ মথোয থরদি যাম্না ফজনা ইরম্মী। সাধক ওইবদগী মথোযগী স্বভাবতা কবি কল্পনাবু পামজরম্মী। মরম অসিনা মথোযনা ইবা নাচক্কী শরক যাওবা চর্যা ঈশৈশিংগী মপাম্বোংগী ভাব কবিতাগী রস যাওরম্লোই হাযবসি থাজফম থোক্কে। মসি মথোযনা ফোঙদোক্লিবা অদুগা মপৃরিংদা থল্লিবা অদুগী ব্রাদা নত্তে। হৌজিক কালগী সাধাবণ অপাবা মী অমদা ঈশৈশিং অসিবু পাম্বমা পোকহল্লিবা মুসলমানশিংনা লাক্তি্রকৈ মমাঙগী শতাব্দীশিংদা লৈবম্বা বাঙ্গালীশিংগী অচম্বা পুন্সিগী ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা ব্রাথোক থৌদোকশিং, ( কযা মচু তাদবা ফাওবা ) অদুবু মথল-মথেলগী মচু শংজিন্দুনা ফোঙদোক্লিবা ভাব অসিনি। অসিগুম্বা মঙৎসিগী মমি-শামিবা মতৌ অমত্তস্থ মতমতুগী সাহিত্যগী অতোপ্পা থুৎইশিংদা যাওবা থেঙনদে অমস্থং মতুং তারকপা শতাব্দীশিংগী লোন অমগী সাহিত্যদস্থ যাওদ্রি। চর্যা কবিশিংনা মথোয়গী

ঈশৈশিং অসিদা য়াওরিবা অশেংবা অর্থদু চুম্না খঙনিংবা মীশিংদগী অমসুং ঈশ্বরবু খাঙদবা পণ্ডিতশিংদগী লোত্তুনা থম্লিংলম্মী। মরম অসিনা মখোয়না মখোয়গী অথুপ্পা অমসুং থেঙনরকপদগী খঙলকপা রাকমশিং অসিবু মখোয়তনা খঙবা অরুবা রাহৈশিং শিজিন্নদুনা অমসুং য়াম্না অতোনবা থবক তৌদুনা পাল্লিবা মীওইশিংগী, হায়বদি য়ুয়োনবা, উগী থোঙ শাবা, শাদানবা ফুট-পাত্র তৌবা, লম্বীদা হুরান-চিন্থি তৌবা, ওক্কুবা শাজত্তা ফুপীগা মরী লৈনবা, হিদা মী পুহনা ভারা চাবা, উ-য়ানবা, লশিং কাপ্পা অসিনচিংবশিংগী মপাম্থোংগী ওইবা শাজিনবা রারী কয়ানা কূপশিন্দুনা থমলম্মী। অসি নত্তবা অতোপ্পা কূপশিন্নবগী শাজিনবা রারীশিংনা য়ুম্বানথীরবী নহা-ফুপী অমগী, চৌবর শান্নবগী, লুহোং-কৈহোংবগী, ঈশৈ-নোংমাই শক্তুনা হরাং-কুম্মে তৌবগী য়ুম মৈ চাকপগী অসিনচিংবনা ওইরম্মী। ঈশৈ থর্বা অমদনা পাথোং চনবগী মওংদা ইবা কবিতাশিংগী চংনরকপা খুৎইবু কন্না শিজিন্নরম্মী। অদুনা অতোপ্পা ঈশৈ থর্বা অমনা নীতিতনা থল্লবা অমসুং তত্ত্বমক্তা ঙাযবা খুৎইনা ইরম্মী। মথাদা পীরিবা কহ্নাগী ঈশৈসিনা তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অমগা ভোম নৈশাবী অমগা লৈনবা ফজদবা হুংশি-ফং ননগী মরীদু ফোঙদোকই—

কোয়রি ঐনা মবোল অঙুম ইরা-রাদনা, পোথারি ঐহাক চিকনা হাযনিংঙাই লৈতনা হুংঙাইরবা মহুমদা। কয়াদা ঙকপ্রবা হে ভোমনী, নঙনা হুংশিনা নোথরকপা। অচৌ-অশাংনা মতাইদা, চাকনিবনা মযায়দা। ঐগী ভোমনী ইবেম্মা পুমচাই-চাইথাইরে নঙনা। মরম হাযবা লৈতনা হৈথরক্লে বির্থ। কৌনৈ খবনা নঙবু শকথিবী, অথঙবশিংনদি ঙমদে নঙবু কোন্দবা হুংশিনা। হুংশিনা শকচৈ কহ্নানা নশিন্না ওইবি নহাক চণ্ডাল ফুপী, লৈতে অদুবু ওক্কবী অমা নঙগুম্বী হুংশি ঈরাংদা হৈশীংবী,

মথাগী ঈশৈশিনা পাথোঙ ঙাক্তগীনি। মসি চেটণ-না ইবনি মমিং তাক্কবা কবি অমনা হায। হায়রমলিবা কবিসি গুরুসিগী শিষ্য ওইরম্বা যাই।

ঐগী থাংপোক মী কুঙনা তাবা মফমদনি, অদুবু লৈতে য়ুমলোম্নবা অমত্তা। ঈশিংনা শোরবা চফু য়াওদে চেং মরু অমত্তা। হুংশিবশিংনা লেপ্পরি হাঙদনা [ থোঙজিন্দা ]। পুন্সি ঈচেল চেহুরি য়াঙনা। গুমগ্রবা শঙ্গোমনা হঙ্গিনবা য়াবরা [ শনগী থোমজিন্দা ]? শন লাবনা চাজেল্লে, শন অমোম্নবা খুংলে, শন লাবদু থোকলি শঙ্গোম থাং খম্না নোংমদা অহুমলক। মসিবু খঙলবা কন্নিনো হায়বা ফংলবনি জ্ঞান ফংঙমদ্রবা, হুরানবা ফাগে তাল্লিবদুনি হুরানবা [ অমসুং ]

হুম্মিৎ খুদিংগী চিররি লমহুই নোংশাগা। ঢেন্ঢণ প্রভুগী ঈশৈ মী থরতনা মথঙই।

চর্যা কবিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অহন ওইবমা য়াবা লুইগী ঈশ অনীথক্কী মতংদা শ অমদা, চুম্নগী অভিজ্ঞনাদগী ফংলকপা জ্ঞাননা ফংঙমদ্রবা আধ্যাত্মিক সত্যম্ব খঙহনবা শইথোক্তে হায়বসি অতম্মা ফোঙদোকই :—

অরৈবম্ব নক্তে, নত্তে লৈতবম্ব, অসিগুম্বা অভিজ্ঞতানা থাজহনগনি কনাবু? লুইনা হায, ইচাশা বিজ্ঞানদি ফংঙমদে মচং অহুমদা শব্দোক্তনা লৈবনি, খঙদে অতুবু অশেংবা লৈফম কৈদনো হাযবা। মাগী মচু-মমেন, মঙং মতৌ, মশক-চুম হাযভম খঙদে। অস্তুপ যামথ্রবা বেদদা কবম তাকলক্মী অতুদি মাবু? থাগী মমিগুম ঈশিংগী ঈযাযদা তাবা অওইবম্ব নত্তবা ওইদবম্ব নত্তবা করম থানি মাবু ঐনা তাকনি মাবু কবম্না অবেপ্পা ব্রাঙাংনা? লুইনা হায :—করিবুনো ঐনা ধ্যান তৌগদোবা? খল্লিবদুগী ঐনা খঙদে খঙনিংগাই লংজিন অমত্তবু।

চর্যা ঈশগী কবিশিং খবা অতুগা মখোযগী মমাঙগী কবিশিংম্ব অবহট্ঠদা ঈশ কয়ামরম শরম্মী। অসিগুম্বা ঈশশিং তান্ত্রিক্কী ইরাৎ পূজাতদা শররম্মী অমম্বং মখোযবু 'বজ্রগীতি' [ হাযবদি বজ্রগী ঈশ ] হাযনা খঙনরম্মী। বজ্রগীতিগী অথুপ্পা অমম্বং অবোনবা মতৌসিনা অইবা কবিগী মমিং হাপ্পা যারমদে। অতুবু ঈশগী স্বরনদি লাকই। ঐ খাযনা ফংনিবা ঈশ খবা অসিদি 'হেকক' কোবা বজ্রগী লাইবু মাগী হুংশিজবী যোগিণীনা তুমহনা লৈরিবা কনাগুম্বা মমানা মচা অমবু মাগী মশানোনা থাম্না হুংশিনা হৌদোকপগী মওংদ প্রার্থনা তৌবগী ঈশৈমক্তনি। অসিগুম্বা শাস্ত্রসিদ্ধ ওইববা ঈশশিং অসিগী অমা অনীদি ওস্থাব্রা ফজববা হুংশি-হুং ওনগী ঈশৈনি হায়বসি মখাদা অহবাদ তৌতুনা পীরিবা অসিদগী খঙগনি :

লেঙখৎলো হে হুংশিথোইবা যেংবিরম্না গতি লৈত্রবী ঐবু। পুম্না তিন্নবনা, ভমখ লৈত্রবা হুংঙাইবগী ইরাংদা, লৈবনি কামগী থোইহি। তাম্নবীরো মদুবু অহাঙবনা স্বভাব ওইব-ও। নহাক যাওদবা শিববনি ঐ। লেঙখৎপীরো হে বজ্র, থাদোকপীরো অহাঙবদা হৈনবী শাজৎ। কোকহল্লো ঈথৌ শারবী হুপী ঐগী। হুংশি ঈরাংদা হৈরবা হে ইবুংঙা, কৌবীবগা মীবু নহাকনা, তুমিন লৈথোকলি করিগী? চণ্ডাল হুপীনি ঐদি কবিস্ন হৈজদবী, নহাক যাওদ্রবা লম্মুররগনি ঐ। থুগাইবিরো যাতুগী লাং। নঙগী থম্মোয খঙই ঐ। ডোম হুপীনি ঐদি লৈথা তাব্রবী। থাদোকপীগম্ব মীতুংসিগী ব্রাখল।

তান্ত্রিক (অমসুং যোগী) সাধকশিংগী অহুমগুবা মথলগী সাহিত্যগী খুৎইদা বজ্র গীতিশিং অসি ইথিবা অবহট্‌ঠগী লোন্দা অতুম মইরম্মী। মখোয় অসি তাকশিং-তম্বীনবগী ওইনা নীতি অমসুং পাউতাক্লা থম্লবা দ্বীপদী অমসুং চতুষ্পদীগী কবিতা ওইনা ইরম্মী। মখোয়সিবু 'দোহা' অমসুং মখোযসিবু খোমজিল্লিবা লাইরিকপুনা "দোহাকোষ" কৌরম্মী। মতাং অসিদা নীংশিংগদৌবদি কবিতাশিং অসি 'দোহা' হায়না কৌরবসু মখোযসিগী মরক্তা অয়াম্বদি চৌপাই ছন্দদা অদুগা লেমহৌবা থম্লদুনা 'দোহা' ছন্দদা ইরম্মী। গুরু অহুমথক্তনা তিলো, সরহ অমসুং কাহ্নুনা ইরম্বশিং খোমজিনখিবা লাইরিক্তমক (দোহাকোষ) ঐখোয়না থেংনৈ। অসিগুম্বা মথলগী লেখকশিং অতৈগী লাইরিক তিব্বতী অহুবাদতা ফংলিবনা লুই, কঙ্কণ অমসুং রত্ন (নৃসিংহ) হায়বা অহুমসিগীনি। অদ্বয়বজ্রনা বারহগী দোহাকোষকী টিকা তৌরম্মী, আমতাভনা কাহ্নুগী অমসুং মোক্ষাকর গুপ্তনা তিলোগী। টিকা পুম্নমক সংস্কৃতা ইরম্মী। ঐখোয়না ফংলিবা দোহা কবিতাশিং অসি ইবা কবি অহুমসিগী মমুংদা সরহগীনা খ্বাইদগী ইহেন হেল্লি অমসুং চহীদসু মানা খ্বাইদগী লিবনি। সাল ১১০১ দা ইথিবা নেপালী লাইরিক অমদা দিবাকর চন্দনা খোমজিনখা সরহগী দোহা শৈরেং থবা ফংই। মতা থোকউবদগী লাইরিক অসিনা সরহ লৈখিদবগী মতম খঙহল্লি। কবি অসি লাইরিকসি ইদ্রিডৈ মমাঙ ফনা যাম্না চথৎনা চাউরাক্লা শতাব্দী অমা নত্রগা অমদগী হেনবা মতমদা লৈরম্বা য়াই, মরমদি, দিবাকর চন্দনা মাগী লাইরিকসিদা সরহগী দোহা কয়ামরুম মাঙখিরম্লে হায়রি।

দোহা কবিতাশিং অসিদা কবি কবিগুম্বদা চর্যা ঈশৈগী ভাব অমসুং লোন্দা পুদাগা মান্নবা যাম্না যাওই, মবম অসিনা মখোয়শিংসি মমল যাম্না য়াম্বা মচাক্লি। মথাগী চতুষ্পদী কবিতাসিদা ইথা থাজদনা নোরিংবগী রস অমা যাওই—

> 'লেপ্পমক মঙ্গল ওইরসন্থ' মসিনি ঐগী অনৌবা পাডা। [১] অদুবু চনাল মরক্তা মচাবনা পুমকাউ কাউখ্রে ময়েক-মশোন। হৌজিক্তি সুপ্নগী ময়েক অমত্তমক মথঙলে, অদুবু মমিংদি থঙদে মতুগীসু হে চান্নবী।

চর্যা ঈশৈশিং অসিদা 'সংকেত' ভাষা শিজিন্নদুনা লোৎনীংবা ভাব লোৎপা য়াবদু 'দোহা'দদি য়াদে।

---

[১] ভারতবর্ষদা হৌজিক ফাওবদা অঙাং অমনা লাইরিক তম্বা হৌগৎলকপদা তম্বিরিবা হায়ববু 'সিদ্ধিরস্ত' (লেপ্পমক মঙ্গল ওইসন্থ) হায়বা ৱাহৈসি নত্রগা মসিগী ভাব য়াওবা ৱাহৈশিংবু হন্না হন্না হায়দুনা হৌই।

মরম অসিনা সরহনা অস্রম্মা হায়—

পোৎচাক্কী শুণ, ভূত, হকচাং-কায়াৎ, জ্ঞান অমসুং ময়ামসিগী মচাক ওইরিবা মৈ-ঈশিং পূম্নমকসিগী মরম নৈনদুনা ইরি ঐনা দোহাগী ছন্দদা, লোৎপা লৈতে করিমত্তা। ডাকপীগনি ঐবু পণ্ডিতশিংনা। তৌজদে ঐহাক মিনম্বা অমতা। অদুবু তাথিবা অথূপ্পা ব্রা গুরুগী চিনমক্তদগী করম্বু ফোংদোকসিগে ? হুংশিনবগী মশান্নদো থম্বাল অমসুং ব্রজগী। কনা লৈ মরোল অহুমদা হুং-ঙাইবোইদোবা মসিদা ? কনা লৈ পেল্লোইদোবা মশিদা ?

মতুং তাথরকপা মতমগী অতোপ অতোপ্পা ধর্মগী সম্প্রদায়শিং অমসুং সাধক কাংবুশিংগী মরক্তা নৈনবিবা ইমান মান্নবা বস্তু অমসুং ভাবকী ইঙ্গিৎ দোহা ঈশৈ-শিংদা যাওই। শৈব্যযোগী রামসিংহগী 'খুদোল তম্বা দোহা' (পাহুড দোহা) অমসুং শক খঙদবা জৈন যোগী অমগী 'অনৌবা ধর্ম লৌরকপা মীগী পারাগী দোহা' (সাবযধম্ম-দোহা) শিং অসিনা সরহ, কাহ্ন অমসুং তিলোগী দোহাশিংবু নীংশিংহল্লি। তৌইগুম্বসুং হাযরিবা দোহাশিং নীতিতনা পিকথল্লি অদুগা তান্ত্রিক্ সিদ্ধাচার্যশিংনি ইবা দোহাশিংদা যাওবা সাহিত্যগী রস অদুদি য়াওদে।

তান্ত্রিক সাধক কবি কয়ামরুম সংস্কৃত্তা ব্রারেং অমসুং শৈরেং ইবা নিংথিনা হৈরম্মী। মখোযনা ব্রাখল চঙবা থুৎই কয়ামরুম সংস্কৃত লোন্দা ইরম্মী। মখোয়গী পাউতাক্কী রা পূম্নমক অবহট্ঠগী ছন্দদা ইবম্মী। তৌইগুম্বসুং অরুবা অধ্যাত্মগী ভাবনাশিংদি মমারোন্দতা ফোংদোরম্মী।

অরুবা ভাবকী অধ্যাত্মীদা নত্তনা ভাবতকী ধম অদুবগী ব্রাখল বৌদ্ধ তান্ত্রিক-শিংগী মতমদগী যাম্না থমা চাওশিল্লমই। বাংলাদেশতা ১৬ শুবা শতাব্দীদা বৈষ্ণব ধর্মগী ঈশৈদা নীংথানীংঙাই ওইবা শকক ওইথিবা ভক্তিগী ভাব, পূম্নমক কখোকপগী ভাব, গুরগী মফমদা থাইদগী হেন্না শ্রদ্ধা লৈবগী ভাব পূম্নমক অসি বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিং থরনা হান্নানা ইটুনা থমলম্মবনি। চর্যা ঈশৈশিংগী মওং অমসুং নৈনথিবা বিষয়বস্তু বৌদ্ধ তান্ত্রিক সাধনানা লূপথিবদা থক মাঙলমদে। ১৬ শুবা শতাব্দীদা চর্যা ঈশৈশিং থরা শেমদোকখোরগা অমুক থোরকলম্মী অমসুং মমৈ থন্না চোম্বরগা ঈশৈশিংসি 'রাগাত্মিক' কী পদ্ধতিদা বৈষ্ণব তান্ত্রিকশিংনা বাউল [অঙাওবা] হায়না খঙনবদুদা অমুক হন্না থোরকখি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অধ্যাত্মগী ঈশৈশিংসি অব্রাংবা সাহিত্যগী মচাক্তি ওইখিদে।

মঙাশুবা পন্দুপ

## অমম্বা যুগশিং অমসুং ইরাৎ পূজাগী হায়রীশিং তঙাইফদনা থোক্লকপা

পাল, চন্দ্র, বর্মন, সেন অমসুং অতোপ অতোপ্পা নিংথৌ শাগৈগী নিংথৌশিংনা পানবা হাক্তা সংস্কৃতিগী লমদা ফনা নিংথিনা চাওখৎলল্লবা বাংলাদেশতা ১৩ শুবা শতাব্দীগী হেক হৌগৎলকপা তাঙ্গাদা তুর্কীশিংনা লান্দাব্লকপদা ওন্থোব্লা শাখিরবা চৈথেং অমা নংলম্মী। সাহিত্য অমসুং ঙৈশৈ-নোংমাই চাওখৎপদা বাংলাদেশ থোইদোব্লা মশক নাইরম্মী। ফক-খোৎপগী অমসুং য়েক-খোৎপগী কলাদা মহাক্কী অবদান শীংথানিংঙাই ওইরম্মী। মন্দির শাবগী কলাদা মবন্নাইগী ওইবা নমুনা মথল শেমগৎলম্মী। সাহিত্যদা তৌবগুম্না ধর্ম অমসুং সমাজগী চৎনলোনগী ব্রাথলদা খ্বাইগী মকোক থংলম্মী। ১৫ | ১৬ শুবা শতাব্দীদা মীচমশিংনা আধ্যাত্মিক অমসুং সামাজিক ব্রাথলদা মনীং মথা তম্না থক্লবা অমসুং চৎচবা ঙমখিবদি ভক্তিগী আন্দোলন থোকহনখিবা বাঙালীশিংনা চৎনরম্বা তান্ত্রিক সাধনাগী লাইনীং লাইশোন অত্তননি। বাংলাদেশ পাকতক্লনা চহী খরদংগী মন্নংদা নঙ্গ্রগা চহী তরা তরানা খুজিং ওইবা চহীশিংগী মন্নংদা তুর্কী লান্দাবকদশিংনা লোই চনখিদে হায়বদি অচুম্বনি। নোংপোক বাংলাগী অমসুং অরাং অমসং নোংচুপ বাংলাগী ঙমখৈশিং মনীং মথা তম্না নঙ্গ্রগা খবা মথৈ মনীং তম্না শতাব্দী অমা নঙ্গ্রগা অমদগী হেন্না লৈরম্মী। তৌইগুম্বস্থ গাম্না মরুওইবা, অন্তর্জাতিক্কী শুইনস্থ মরু ওই হায়বা য়াবা মহৈ-মশীং তম্নবগী অমসং সংস্কৃতিগী থিজিন হুমাজিন্নবগী মফমশিংদি মথোয়গী খুত্তা তাখিরম্মী। নালন্দা, বিক্রমশীল [ধর্মপালনা লীংথৎলম্বা], তাডিবাডি, জাগনন্দন [রামপালনা লীংথৎলম্বা[ পাণ্ডুভূমি [পাণ্ডু দাসনা লীংথৎলম্বা] নচিংবা মফমশিংদা অমসুং অরাপ্পা মফমশিংদা লীংথৎলম্বা সন্ন্যাসীশিংগী অচৌ অচৌবা মঠ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় ময়াম লোই চনখিবগা লোইননা থাথংবা বিহার অমসুং নোংচুপ বাংলাদা লৈরম্বা অরাংবা থাক্কী মহৈ তমফমশিং অমসুং জ্ঞান তানশিনফম ওইরম্বা পুম্নমক মুৎথিরম্মী। ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংদি বৌদ্ধ মহাবিহারশিংনি। মঠ-তা লৈরমদে অতুবু মথোয়বু য়োকখৎপীরম্বা ইনাক কৈন্নাক খুনবশিং লৈথিদবদগী মথোয়বু খুদোং য়াম্না চাদনা লেনবা তারম্মী। লৈবাক অসিদা মীবৈবাক মচাগী খুত্তা অস্থম অস্থম তাথিবদগী লৈহোব্লিবা বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিং নেপালদা, তীরহুত অমসুং সীমানা তাইনবা

বাংলাগী নোংচুপ, অরাং অমসুং নোংপোক্কী লমশিংদা চৎখিরম্মী। (মতমচুদা নেপাল্দ অমসুং তীবেত্তা মনীং মখা তম্লা ১৪ শুবা শতাব্দাগী মরী:থাকপগী অহানবা শরুক লোইবা ফাওবা পাল্লম্মী) অহানবদা নেপালদা অমসুং অরাং বিহারদা, অদুদগী অরাং বিহারনা য়েক্লবগী খুন্তা মাযথীখিবদগী নেপাল লৈবাক্তা মশাগী তাঙলবা মথুৎসু অমসুং মখোয়না থোমজিন্দুনা থমহৌবা খুৎনা ইবা লাইবিক কয়ামরুম পুদুনা চেল্লকখিবা বাংলাদেশকী পণ্ডিতশিং অমসুং কবিশিংবু লৈবাকশিং অসিনা তরাম্না ওকলম্মী অমসুং চঙনফম পীরম্মী।

লান্দারকপশিং অসিনা সহরশিং অমসুং মখোযগী মপৃক্কিংদা কোন্নং নত্রগা লানবন্নি হাযনা থাজদুনা জ্ঞান ধমগী তমফম অমসুং তীর্থনচিংবা ওইনরিবা মন্দিরশিং অমসুং মঠশিং পূম্নমক পুম্নাঙ মাঙহনম্মী, মসিগী মহৈনা বাংলাদেশতা বুদ্ধি-লৌশিং চাওথৎনবগী হোৎনবা থোদো পূম্নমক শতাব্দী অনীবোমদি পুম্নাঙ মাঙলম্মী। মবম অনিনা মতমসিগী বাংলাদেশকী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ইতিহাস পুমহাং হাংনা লৈরম্লে। অসিগুম্বা মুসলমানশিংনা পানবগী হৌরকফম পুমম মমগ্রবা ১৩ শুবা অমসুং ১৪ শুবা শতাব্দাশিং অসিগী মতুংদা বাংলদেশতা ইরম্বনি হাযবা সাহিত্যগী রাহৈ পক্লে অমা ফাওবা পুথোক্কিংডাই ফংদ্রে।

অদুবু বাংলাদেশনা শাসনগী মরাদা দিল্লীগা মরী পূম্নমক ককথৎনখিদুনা অমুক হন্না মনীং মথা তম্না পানবা লৈবাক অমা ওইবক্লবা হাক্তক অদুদদি লৈবাক অসিগা মীশিংদা সাহিত্য অমসুং অতৈ বুদ্ধি-লৌশিং চাওথৎনবা হোৎননবগী মতম লাবলবগুম থোক্লম্মী। পাল অমসুং সেন নিংথৌশিংগা হাংফগা চৎনরম্বা অরিবা চৎনবী কয়ামরুম গৌড়গী মুসলমান নিংথৌশিংগা দরবারদা চৎনবা হৌরম্মী। ওৎলবা পূম্নমক মাযোক্লদুনা থাঙলক্লবা হিন্দুনা পাল্লিডৈগী রাজ সভাদা চৎনরম্বশিং থরমথৈ মরাই লুপ্না লৈবা তাববসু হিন্দুশিংনা মরম্নাই সভা লীংথত্তুনা চৎনবীশিংদু নীংশিংনদুনা ঙাকবা হোৎনরম্মী। অসিগুম্বা সভাশিং অসিদা য়াওরিবা কবিশিং অমসুং পণ্ডিতশিং সংস্কৃত হৈবা ঙাক্তনি মরমদি মতমদুদা ফাওবা অচৌ অশাং তিনবদা মমারোন শিজিন্নবা য়ারমদে। কনাগুম্বা মতিক মগুন লৈবা হিন্দু অমনা সুলতানগী দরবারদা ইকাই খুম্নববা ফম অমা হেক ফংবদা মহাক্না মাগী থোড়লোইশিংগীদমক করিগুম্বা মনা মথুম থরা যংজনবা হেক্তা মহোৎনরম্মী। বাংলাদেশতা, করম তৌনা, সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌ অসিনা যাম্নদি থোড়জেন তপ্না অদুগা মরাদি চেৎনা মশা মশাগী মাঙঙ্করবা মশকপু হক্কিল্লনবা ১৫ শুবা শতাব্দীগী হেক হৌগৎলকপদগী হৌনা হোৎনখিবগে হাযবদু মসিনি। তৌইশুম্বসুং অসিগুম্বা থোদো অসি করিগুম্বা হিন্দু নিংথৌ কংশ (গনেশ) দনুজমর্দননা অমসুং মাগী মচা মহেন্দ্র

জালালউদ্দিননা মতম থঙ্জিক্তংগীদা ওইরবসু নিংথৌ ওইরমদ্রবদি সুলতানগী রাজ-দরবারদা নিংথিনা চৎনরমগনি হায়বদি চিংনিংঙাইনি। হিন্দুশিংগী (অমসুং বাঙালীশিংগী) লৈচৎ-শাজৎ অমসুং রাঙাং শাঙাংনা দরবারগী মরু ওইবা চৎনবীশিং ওইখিবতু মতুং সুলতানশিংগী হাক্তক্তসু পুম্নাঙ মাঙলমদে। মথোয় মশা মশানগা পামজবনে অদুগা মথোয়গী হিন্দু মন্ত্রীশিং অমসুং অচৌ অশাংশিংনগা থৌদোংবনে সুলতানশিংনা পণ্ডিতশিং অমসুং কবিশিংবু মতুং তাবা ফাওবদা ইকাই খুম্নরম্মী। খ্বাইদগী লিরবা বাংলা লোনগী শৈরেং রারী ইবা কবি অমনা সুলতান রুকন্নুদ্দীন বারবক শাহনা থৌগৎপীরম্বগী রা ইরম্মী। ১৬ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদগী হৌনা অতোপ অতোপ্পা ঙমখৈদা লৈবা শাসনগী কেন্দ্র কয়ানা অদুগা নীংতম্বা অমসুং খবমখৈ নীংতন্নিবা লৈবাক কয়ানা গৌড়গী দরবারদা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী চৎনরিবা মশক্তুগী মতৌ তম্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু চৈতন্যনা হিরম অসোয়মদা থোঙদাবীরকপদগীদি সাহিত্যগী ঈহৌদা অচৌ অশাংশিংগী মতেং থিরম্বদগী লন্নাই মীওইশিংদা ইনিংবা পোকহন্নবা হোৎনবরোয়মদা থৈদোকলকখি।

মরু ওইবা ঘটনাশিংগী হৌনবীগুম টুর্কীনা বাংলাদেশতা লান্দারকপা অমসুং মুসলমানশিংনা লৈইচল্লম্বা থৌদৌশিং অসি পুমফৎ ফত্তবমক্তি নৎলমদে। অন্ধবিশ্বাস অমসুং ইকাইনিংঙাই ওইরবা চৎনবী শাজৎ কয়ানা অচৌ পিশক থাযদনা মী পুম্নমক্কী মপুরীংদা থবক অমদা খুৎ হেক থান্নিংবগী হৈনিংবা রাথলদা অপনবমা পোকহনখিরম্মী। করিগুম্বা শা-লান অমা থেঙনবা তারবদা লান্মীগী সেনাপতিপা তান্নবগী মহুৎনা পান্ডীশিংগা তান্নরম্মী। সমাজগী মতুংদা অনেম-অরাং অনীগী মরক্তা থেন্নরকপা শেলথুম অমসুং চৎনলোনচৎনা মবম ওইতুনা অসুম অসুম হেঙ্গৎখিরম্মী। মুসলমানশিংনা লান্দারকপসিনা রাযেল থৌদা তৌবম্বা অচৌবশিংনা হুংঙাইজরম্বা অমসুং পুরোহিৎশিংগী লৈজবঙ্গা মশাগী সনমান্দা অকনবা চৈফু অমা পীরম্মী। সমাজ অমসুং সংস্কৃতিবু যোমতুনা থম্লম্বা হান্নগী চৎনবী পূম্নমক পুমচাই চাইথাইরম্মী অমসুং অসুম্না চাইথাইরকপদগী থোক্লকপা মচেৎ মচেৎশিং অসিদগী অনৌবা বাঙালী পোক্লকখি। অসুম্না পোক্লকখিবা অনৌবা বাংলাদেশকী মপাঙ্গল কনবদা খঙদে শোনবদা খঙদে মগুণ পূম্নমক চৈতন্যগী মশাদা ফোঙদোকখিরম্মী।

পণ্ডিত অমসুং কবিশিংনা সংস্কৃতা ইনরম্বতু পুমথিং থিংখিরম্মী তৌইগুম্বসুং অধ্যাত্ম অমসুং অধ্যাত্ম নত্তবা মীয়াম্না পাম্নবা থোইদোক্না মগুণ লৈতবশিংগী লাইশোল তিনশোনগী শৈশকপশিংবুদি থিংলমদে। অসিগুম্বা মীনা শক খঙবিদ্রবা খুঙ্গংগী কবিশিং অমসুং শৈশকপশিং অসিগী খুৎই হাযরিবা মতমশিং অসিদা ফোঙদোকখিদেদি হায়বসু

মখোযশিং অসিগী মপুং ফাববা খংইশিং অসে ১৫ শুবা শতাব্দীগী অথেঙবা মতমদা অমসুং ১৬ শুবা শতাব্দীগীনা অঙনবা শরুক্তা ফোঙদোকলখি। মধ্য বাংলাগী বর্ণনা তৌদুনা ইবা রারেং অমসুং গীতি কবিতাশিংগী মওং অমসুং য়াওরিবা হিরমশিং অদুনা তাকপদি মখোযশিংসি শতাব্দী কয়া চঙনা হোৎন-নৈনদুনা লাকই হায়রবসিনি। মাঙজিন হেক থংবদা হোৎনখিবগী মতৌ মওংশিং অদুদি কবিগুম্বা মরম খরদগী থাকচিনহৌবা ঙমলমদ্রে। মখোরসিনা ধর্মগীতা ওইবনা পূজানচিংবদা শক-শোন্নরম্মী অমসুং অযাম্বা মতমদা অসুম্না শক-শোন্নবগীদমক শেম-শাহৌদনা হেক হেক শরুম্মী, মরম অসিদগী চিন্দতা পক্তুনা নৈথিবম্মী, মসিগী চপ চাবা মওং শেমখিবসি মখোযসি ধর্মগী অনুষ্ঠানশিংনা ধর্মগী পদ্ধতি অমা ওইনা পাকশন্না চৎনরক্তুনা অরাংবা সমাজগী মীওইশিংনা অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা যাবিররুবা মতমদনি। কবি অমগী হোৎনজমন মপুং ফাহন্দনা খুাইগী মাঙদা পুথোকপা হাযবসি ইনাক-নৈরাক খুনবশিংনা হুংশিবিবতদা ওইগোকই। হান্না লেংথিবা মমৎ পাবা রাৎপা অমসুং মপুং ফাদবা খরদি কোন্না অহৈবা লেখকশিংনা ফজনা ইরকপশিংনা চুপশিনথিরম্মী নত্রগা থন্দুনা থমথিবম্মী।

কবিগুম্বা অমত্রা ইনথিদ্রবা ইহাং হাংলবা বাংলা সাহিত্যগী শাংলবা যুগ অসিগী মতুংদা অরিবা অমসুং মধ্য ভারতীয আর্যশিংদগী ফংহৌবা অমসুং অতোপ অতোপ্পা কাঙলুপ সংস্কৃতিশিংগী লৌশিনখিবা পৌরাণীক রারীশিং অমগা অমগা তোৎশিন যানশিন্নদুনা মীযাম্না পান্না চৎনবিবা লাইশিং অমসুং পৌরাণীক রারীশিংগী মীওই লাইওইবা কযাবু অনৌবা মওং অমদা মযেক শেংনা পুথোক্লম্মী। সংস্কৃত পুরাণশিংগী চৎনরকপদগীদি থেন্নবা অদুগা ঋগবেদগী (১১১২৯) নৈশেম হুংশেমগী লাইহৎলোনশিং (স্তোত্রশিং) গা অমসুং পোলিনেসিযাগী পুরাণশিংদা যাওবা নৈশেম্বগী রাগা মান্নবা অনৌবা জাৎ অমা পুথোক্লম্মী। সংস্কৃত পুরাণশিংদা তৌবগুম্না মযায বাংলাগী সাহিত্যদা খুাইনা ইরাৎনবা লাইশিং হাযবদি মনসা, চণ্ডী অমসুং ধর্ম অসিনচিংদগী ইবাৎ পূজানচিংবগী মরমদা ইবম্না শৈরেং রারীশিং অহৌবদা ধর্মসিগী থাজনব্রি—নৈশেম-হুংশেম্বগী রা ইরম্মী। কৃষ্ণগী রারী অমসুং রামাযণ অমসুং মহাভারতকী রারীশিং থাদুনা ইবা কাব্যশিংদা মসিগী নৈশেম-হুংশেমগী রারসি হুপয়াও য়াওরমদে, মসিগী নৈশেম রারী মথাদা শন্নপ্না তারি।

তাইবংপান অসি শেমলক্ত্রিদৈঙে মমাঙদা অমম্বা অহাঙবা (শূন্য) অসিতমক নৈরম্মী। অহানবা নৈশেমলকদোবগী খুদম হাযববু অহাঙবা অসিদা কোঙ্গোল অমা থোক্লরম্মী অমসুং মদু তপ্না তপ্না যেরমগী মওং ওইরক্লম্মী, মসিদগী ধর্ম কৌবা মওং নাইদবা মচু নৈতবা ইহান হানবা লাই (অনাদি দেব) চোংথোক্লকখি। অকাযবা

য়েক্লম মকুহনা তাইবংপান ওইরক্লে অতুগা মকুহ ঈশিংনা পুন্নং লংল্লে ; ঈশিং ঈমায়থক্তা ধর্মনা পান্থে লৈতনা তাউহনা লৈরম্মী। অতুদগী মহাক মুংশামপী শাংনা হোল্লম্মী ( অতোপ্পা রারী অমদনা হকাম চল্লম্মী হায় )। অমুম তৌবদগী মকু অমা ( নত্রগা উৎ মচুগী কাক অমা ) চোংথোক্লকই। ধর্ম উচেকসিদা তোংহনা অরোইবা অথম নাইদনা অমসুং পোথাবা লৈতনা কোইপাই পাইরম্মী। মমৈথংদা মহাক্না মশাদগী নুমা থম্না তকথোক্লগা ঈশিংহুদা থাদরম্মী অমসুং অমোৎপা অতুদগী কোন অহম লৈবা পৃথিবী ওইথিরম্মী। কোইপাই পাইবসিদা চোকথরহনা ধর্ম পৃথিবী অসিদা পোথারগে হায়রহনা কুমথরক্লে। মহাকী হমাং মন্নীক অমদগী (নত্রগা মাগী থবাকী শক্ল অমদগী) মহাক্না লোইনবী হুপী কেতকা হায়বী অথোইবী লাইরেম্বী (আদি দেবী) চোংথোক্লকখি।

অহুগী তুংদা ধর্মনা কোন অহম নাইথা পৃথিবীগী ময়ায়মক্তদা বল্লুকা তুরেল শেমলম্মী অমসুং মহুগী তোর্বান্দা থোঙনাং বট অমা থারম্মী। কেতকাবু মথক্তা থনম্লগা ধর্ম মথক্তা তুরেলসিগী তোরৈ মথা পাংনা য়াম্না লাপ্না লাইনীংবা চৎথিরম্মী। মকুহ মাগী মতুং ইল্লহনা লাক্লগা থোঙনাং বট অতুগী মশা অমদা তোংহনা ধর্মবু ঙাক-শেন্নবগীদমক য়েংহনা লৈরম্মী। মরকসিদা কেতকা মপুরোইবগা কান্নবগী মরা-মৈশা লাংলম্মী। মহাকী থম্মোয়দা হোৌরকপা মুংশি ঈংথো লাংবগী মেঙলবা রাথল অতুদগী অপাম মিহো (কাম) পোক্লকলম্মী। মহাক্না অপাম-মিহোববু তুরেলগী তোরৈ মথারোমদা ধর্মবু পুরক্লবা থাখিরম্মী। অপাম-মিহোবনা মনাক হেক য়োৌরকপদা ধর্মগী মপুক্রিং তপথনা লৈবা ঙমলমদে অমসুং মাগী মশাদগী 'ম্লস' হৈদোকখিরম্মী। মকুনা মহুবু লৈপাক্লা শাবা চফু অমদা থুঙ্গত্তুনা হাপচিল্লম্মী অমসুং কেতকাগী মথুক্তা মহ্ন চাউল্লবা হুনি চেকশিন্না থমগদোবনি হায়না শিন্নরম্মী। ধর্মনা মতম শাংনা মাবু লৎনবিবা অসিগী মৈচাক থাঙবা ঙমদ্রহনা কেতকা চফুহুদা য়াউহ্নিবহু থক্লগা মথক্তা শিরগে হায়না লেপলম্মী। অহুবু অহুম তৌবহনা মহাক শিরমদে, শিবগী মহক্তা মহাক মশা রাই শংলমদে। মতম থরা লৈল্লগা মচা অহুমথক পোক্লম্মী— মথোয় মকোক থোংবা লাই মক্তনি (আদি দেব), ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব। ব্রহ্মানা চিন্দগী অহুগা বিষ্ণুনা লাইবক্তগী অমসুং শিবনা হৌনশা ওইবা হকচাংগী শরুক্তগী পোকখিরম্মী। মপা লৈরমদ্রবদা মথোয়না মহাক কদায়দা লৈবগে হায়না মমাদা হংলম্মী। কেতকানা বল্লুকা তুরেল্লোমদা থিন্দুনা তাক্লম্মী। মচিন-মনাউ অহুমহুনা মদোমদা লাক্তুনা মপাবু কোইথি থিরম্মী অহুবু ধর্মনা মচাশিংহুদা মহাক কনানো হায়বদো ফোঙদোক্লিংলমদে, মরম অহুনা মথোয় মচিন-মনাউ অহুমহুনা হেক থুংলবগা মহাক মাঙখিরম্মী। মপাবু থিবা ফংদ্রবদা মচিন-মনাউ অহুম্মক তুরেলহুগী তোর্বান্দা

লাই নীংতুনা লৈরম্মী। মতম থরা লৈবগা ধর্মনা মচাশিংবু পরীক্ষা লৌনিংলম্মী। মহাক্কা মখোয়গী মনাক তাম্না অশিবা হকচাং অমা ওইনা তুরেলগী ঈচেন্দা তাউ-থরক্লম্মী। অহানবদা ব্রহ্মানা লৈরিবা মফমতুদা লাক্রম্মী। মনমতুদা হৈনদহনা ব্রহ্মানা মতুবু ইস্তোকখি। অতুদগী বিষ্ণুগীদা অমুক লাকপদমু মহাক্কমু অতুম্না তৌরম্মী। অশিবা হকচাংতুনা শিবগী মনাক তাম্না তাউথরককপদা শিবনা মতুবু মপানি হায়বা খুদক্তা খঙলম্মী। অতুবু মাগী মচিন-মনাও অনীতু মকুনা হায়ত্রিফাওবা শিবগী রাহু থাজরমদে। মখোয়না মকুদা মপাগী হকচাং পোৎলোইননবা মফম অমা থিরুনবা থারম্মী। মবু তুনা হল্লকুগা কনামত্তা পোৎলোইখিদ্রিকা সমত্রুগী থা থংবা তোর্বান্দা পিক্লবা লম মচেৎ অমা লৈরে অতবু মতুগী মফমতু হয়েং কলি যুগতা ধর্মনা অবতার তৌরনবগী মফম ওইনা থাক্তুনা থম্বা মফমনি হায়না পাউ হঙ্গিলম্মী। উচেক অতুগী রা ইন্দুনা অশিবা হকচাংতু শিবগী মতমবাক্তা পোৎলাইরম্মী, শিবনা নীং পুথোক্লম্মী অমসুং ব্রহ্মানা মৈ চুরম্মী। ধমগী হকচাং পোৎলোইরিঙৈদা ধর্মনা মচিন-মনাউ অহুমদা রা হায়রক্লম্মী। মহাক্কা মখোয় অমা কেতকাবু লুহোংতুনা লৌগদবনি হায়না য়াথং পীবক্লম্মী। ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুদি মমাবু লৌ হায়বতু যারমদে তৌইগুম্বমতুং শিবদি মপাগী যাথং হিক্তোক্রমদে। মহাক্কা কেতকানা শিববা মতুংদা চণ্ডি ওইনা পোক-লক্লবা মতমদা লুহোংতুনা লৌরম্মী।[১] অতুগী মতুংদা লাইশিং পূম্নমক চঙতুনা শিবা নাইবা অমসুং শিবা লৈত্রবা তাইবংপান অসিবু শেম্বগী থবক্তা পুক্নিং চঙথিরম্মী।

রাবীসিগী মতাং অসি অসিগুম্বা মথলগী লাইরিকশিংদা হমান মমাম্লে। মসিগী মতুং মথা রারীদা চথরকপদা মথল অহুম থোরা লৈ (ক) 'নাথ' সাধনাগী রারী, (খ) মনসাগী রারী অমসুং (গ) ধম পূজাগী রারী। 'নাথ সাধন' হায়বা মমিং কৌথ্রিবসি মসিগী সাধনা অসি লমজিংবা গুরু পূম্নমকী মমিংগী অকোয়বদা নাথ হায়বা রাহৈসিনা লোইবদগীনি। মসি ওস্থোরা কনথ্রবা যোগ সাধনা মথল অমনি, মসিগী মরু ওইবা য়ুমফমদি হূপীগা মবী লৈনবা গুপযা যাদে, মশাগীনি হাযবা পুম্নমক থাদোকপা তাই অমসুং অপাম মিহৌবগী হৌরকফম পুরিং অমসুং হকচাং লাকশিনবা তাই। মসিগী হৌরকফম ওল্লিঙৈগী বৌদ্ধ ধমনা তৌথিবগুম ঈশ্বর লৈতে হাযনা থাজবা অতুদগীনি। মমৈথংদা শৈব সন্ন্যাস অমসুং তান্ত্রিক যোগগী প্রভাব মযাম অসিদা চঙথিরম্মী। খুাইদগী লিবা রাবীগী মতুংইন্না গোরক্ষনাথ হায়বসিনা নাথশিংগী অগানবা গুরু ওইরম্বগুম তৌই অতুবু মাগী গুরু মীননাথ হাযবসিগী অতোপ্পা চৎনবী

---

[১] অতোপ্পা রারী অমদনা কেতকা মৈতুংদা চোংশিন্দুনা মথায থাখিরম্মী অমসুং শিবনা মাগী শরুশিং খোমজিল্লগা মালা ওইনা থোনখিরম্মী হায়।

ইনবা কাংবু অমগী মী ওইনা তৌই। শিব পূজাগী চৎনবীশিং নাথ সাধনাদা চৎনরক্লবা মতুংগী ৱারী অমদা মখোয় অনীসিমক্কী ৱা পুন্না য়াওরম্মী। নাথ সাধনাগী কাংবুশিংনা জালন্ধরি, কাহ্নু অমসুং অতৈ ঐতিহাসিক মীওই খরবু মখোয়গী পুকোক গুরুনি হায়না য়ানখিবসি তান্ত্রিক যোগ চঙশিল্লকপদগীনি। ঐখোয়না ফংবা মরম খরদগী নাথ সাধনাগী চৎনবী অসি অহানবা নোংপোক থংবা ভারতগী ১৪ শুবা শতাব্দী মমাঙদগী হৌনা হৌদোক্লকখিবনি হায়বসিদা করিস্থ চিংনিংঙাই লৈতে। তৌইগুম্বসুং মসিগী পুরাণগী ৱারীশিংদি বাংলা সাহিত্যগী মমতুনা লৈক্লরবা শতাব্দীশিং অহুদগী মওং তানা শেমগৎলবখিবনি। মসিগী সাধনা অমসুং ৱারীনচিংবসি বাংলা-দেশকী মায়কৈ থুদিংমক্তা শন্দোক্লখি। মনা হুৎপা ( কানফট ) যোগীশিং ভারতকী মফম পুম্নমক্তা পঞ্জাব, বাজপুতনা অমসুং মহারাষ্ট্রনচিংবদা লৈ হাযবা থ্বাইনা থঙই। বাঙালী নত্তবা যোগীশিংগী অবিবা শৈবেংশিংদা বাংলা লোন্দগী হৌরকপগী লোন্দা-পুদা কযামরম য়াওবি।

গোরক্ষনাথকী মমিং বৌদ্ধ অমসুং বৌদ্ধ নত্তবা তান্ত্রিকী অরিবদা থেঙনদে। মখোয়গী মমিংসি জ্যোতিরীশ্বরগী বর্ণনরত্নাকব হায়বা লাইরিক্তুদা সিদ্ধাচার্য ভট্টগী মমিংশিংগী মরক্তা যাওই। গোরক্ষনাথকী কাংলূপকী অহানবা হৌরকফম হিমালয়গী চীংথোঙদা তাবা চীংমীশিং অসিগী মবক্তগী ওইরম্বা য়াই, গোর্খা হায়বা চীংমীগী মমিং অসিমক্লা ওইবা যাবা মরম অমনি। গোরক্ষনাথ হায়বমা লৈরম্বগী ৱা ইতিহাসতা প্রমান ফংদ্রবস্ত বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিংগী অইবশিংদো মীননাথকী ৱা য়াওরি। মুনিদত্তনা ইবা চযা ঈশৈশিংগী টিকা অমদা মীননাথনা লেংবা বাংলাগী চতুষ্পদী কবিতা অমা যাওবম্মী, মতুগী অনুবাদ মথাগীসিনি :—

গুরুনা তাকই লম্বী থ্বাইদগী হেনবা লমথুংফম্বু যৌঙম্বা, মতুদি লাংগী মশক ওইরবা থৌদোবু থিংবা শক্তি লাবগী। খঙহল্লোই থরোইনা থম্বালনা লৈকা ফল্লকপা, অতুবু তৌশিন্নবা লৈতে থোইমুনা থম্বালগী লৈহী চুপ্নদা।

শতাব্দী ১৪০৩ অতুৱাইদা সংস্কৃত অমসুং মফমতুগী মমারোন্দা ইবম্বা বিদ্যাপতিগী 'গোর্খ বিজয' কৌবা অতেনবা গীতি-নাটকক্তা গোর্খ মীনাগী ৱারী য়াওরি।

বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিংগী মবক্তা সিদ্ধাচার্যগী চৎনরকপশিং ইন্দুনা চৎনরম্মী। নিংথৌ অমগী মচা, নৃসিংহ কৌবা পরস্বামী রত্ন হায়না খঙনবা অমনা তুপী গুরু ( ডাকিনী ) অমনা হায়বদগী সিদ্ধাচার্য য়াষ্ঠেগী অমসুং জ্ঞান ডাকিনী কুম্ভামঙাগী থাগৎপা য়াবা থৌদৌশিং (অবদান) কযামরুমগী মরমগা লাইরিক অনীথক ইরম্মী। লাইরিকশিং অসি তিব্বতী লোন্দা ১৪ শুবা শতাব্দীদা হন্দোক্লম্মী। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা

জ্বালন্ধরি কাহ্ন, গাভুর, চৌরঙ্গী অমসুং অতৈ সিদ্ধশিংগী পৌরাণিক ৱারীশিংদা, অদুগা জ্ঞান ডাকিনী ময়নামতীগী ৱারীদা অমসুং ময়ায বাংলা সাহিত্যগী নাটক অমসুং ৱারী ওইনা ইবা কাব্যশিংদা য়াওবা খুৎইগী মচী ওইবা শরুকশিং ফংই হায়না লৌবা তাই।

নাথ গুরুশিংগী হৌরকপগী ৱারী ধর্মবু পূজা তৌবা বাঙবুগী ৱারীগী মথা চথরকপনি অমসুং ৱারী অসি গোরক্ষনাথকী মতিক মগুন চাউবগী মরমদা ইবা ময়ায় বাংলাগী কবিতাশিংদা অমসুং ধর্ম কৌবা লাইবু পূজা তৌবগী পৌরাণিক ৱারীশিংদা য়াওরি। নাথ সিদ্ধশিংগী ৱারী মখাদা শমতরা ইরি :—

ধর্মগী পোৎলোইশ্রবা হকচাংগী উত্তগী (নাথ পুৱারীশিংগী মতুংইন্নদি নাথশিংগী খ্বাইগী মকোক আদিনাথকী হকচাংদগী) মকোক থোংবা সিদ্ধ যংলবা মীকোক অহুম পোকখি, থোইদোদগী মীননাথ, মৎস্যেন্দ্রনাথ হায়নসু খঙনৈ, হিন্দীদনা মছিন্দর অদুগা হৌজিকী বাংলা লোন্দনা মোচন্দর), লাইবক্তগী গোরক্ষনাথ, শরুশিংদগী জ্বালন্ধরি (বাংলা লোন্দা হাড়িপা, মসিগী মিংসি জ্যোতিরীশ্বরগী সিদ্ধ ফংলবা মীওইশিংগী মরক্তসু যাওই), নাকোংদগী কহ্না (মমৈদা কাক-পা হায়না কৌবা) অমসুং খোঙদগী চৌরঙ্গী। মমিংশিংসি খুল্লক-ইরক্তা লৈবা লোনগী মওং অদোমদগী যেংলুববদি ফনা থেংথররবা মতমগীনি। হাড়িপা হায়না কৌথিবসি ৱাইশিৎপগী থবক তৌই হাযবদগীনি। কান (কাহ্ন) হায়বসি নাকোংদগী (কর্ণ) লাকপা নত্তে, কৃষ্ণ হায়বসিদগী ওইখিবনি। চৌরঙ্গী কৌথিবসিনা মচু মখি নাইবা [ চতুরঙ্গ ] কিজোল শেৎলি হাযবদগীনি। চরণ [ খোঙ ] হায়বসি মাগী মমিংগী অহানবগী শব্দমাত্রা অনীগী শেংফাত্তবা খোম্থোক্লি। মীননাথনা শিবগী গোরক্ষনা মীনাগী, কাহ্ননা জ্বালন্ধরিগী শিষ্য ওইরম্মী। জ্বালন্ধরিগা শিবগা এভ্রগা চৌরঙ্গীগা কাংলুপ অমদা পূন্না য়াওমিন্নৈ হায়বসিগী ৱা অমত্তা পল্লমদে। অদুবু মথোয় মঙামক শিবগী শিষ্য ওইরম্মী, মরমদি অথোইবা জ্ঞান [মহাজ্ঞান] চেল্লিবসি শিব মথক্তনি। শিবগী লোইনবী চণ্ডীনা অসিগুম্বা অথোইবা জ্ঞান অসি শিবদগী তম্লিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং শিবনদি জ্ঞান অসি মশা মতোমতদা তুংশিন্দুনা থম্বা ওয়্রোইদৌবা হুপীদা তারিংখিদে। অথোইবা জ্ঞান অসি লৈরবা মী অতদি শিবা নাইদে অমসুং মসিবু মী পুম্নমক্না খঙবা তারবদি পৃথিবী অসি লৈশেম্নকপগী মরমদু মাঙগ্রগনি। অদুবু মাগী হুপীনা কুইনা তক্করকপদু শিবনা খাঙবা ঙমখিদে। মহাক্না সমদ্রগী ঈমাযদা লৈবা অৱাংবা শগাই অমদা মহাক্না হায়বদু কনামত্তনা তাদনবা মাগী হুপীবু পুদুনা চৎলম্মী। মীননাথনা মসিগী শামিন ফংলদুনা শগাই অদুগী মখাদা হাম্ননা চঙথিদুনা শিবনা তাকপশিংদু তাননবগীদমক ঙাইদুনা লৈরম্মী। ধর্মগী ফনবতা খল্লিবা মকুনা চণ্ডীনা লৌনম তৌদুনা

শিবদগী মহাজ্ঞান লৌথোক্লবা তৌস্নিবত্থ খঙলম্মী। মহাক্লা লাই পূন্নমক্কী পুংকোক খর্মদা মসিগী পাউসি হুংলম্মী অমসুং খর্মনা চণ্ডীপুু শুমত্থনা তূমহল্লম্মী অতুবু মসিগী রাসি শিবদি খঙলমদে। মহাক মতোমতা পংডাংদা মঙাংলম্মী। মীননাথনা মতাং চাবা চাবদা অচাবা রাহৈনা হেক হেক ওক্লিবত্থসু শিবনা খঙলমদে। মহাক্লা তাব-পত্থ লোইরকপদা চণ্ডী মিকপ থোক্লম্মী অমসুং শিবকী মফমদা হায়গদবত্থ হায়রো হায়না হায়জরকই। মতমত্থদা মহাকপু নমথাক তৌগ্রে হায়বসি শিবনা খঙলম্মী। অসুম্না মীননাথনা মহাজ্ঞান অসি খঙথিরম্মী। মহাক্লা মীননাথপু মহাজ্ঞান অসি চিরবা মতমদা কাউবা ওইদনু হায়না শাপ তৌরম্মী।

শিব নীংবা সিদ্ধশিংনা মযুম পান্দনা লৈরগা মখোযগী শুরুনা সুপীগা যুম-বান্নত্থনা লৈবসি চণ্ডীনা য়ান্নিংলমদে। অতুবু সিদ্ধশিংনদি মহাক্লা হাযবত্থ তাল্লমদে অমসুং মহাক্লা মখোয়দা সুপী পান্নবা তৌরগে হাযনা থল্লম্মী। গোরক্ষনাথ নত্তনা অতৈ সিদ্ধশিং পূন্নমক মাগী লাংদা থুরম্মী। অসুম্না মখোয় মযাম্বক মাঙজবম্মী অমসুং মখোয়না পামজবা যুম্বান পুন্সিদা মতম খজিক্কুংগী ওইরবসু মখোয় লেনবা তাবম্মী। মীননাথনা কামরূপ্তা চংতুনা কে-মৌবা হৈরবী সুপীশিংগী লৈবাক্কী নিংথৌ ওইতুনা পাল্লম্মী। জলান্ধরিনা পার্টিকাগী লুপ্রা মহারাণী ময়নামতীগী শগোলশঙগী রাইশিংপা ওইনা থবক তৌরম্মী। কন্নাবু ভাহুকাদা থাখিরম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক মফমত্থদা করি তৌখিবগে হায়বত্থ খঙদ্রে। মঙাশুবা সিদ্ধনা মমা পোক্কবীগা ভাঙনত্থনা লৈরম্মী।

গোরক্ষনাথনা কন্না ময়াখিদবা অসিনা লাইরেম্বীনা অতৈ পাম্বৈ কয়ামরুম শি-জিন্নরম্মী। হায়রিবা পাম্বশিংসি খজিক্কা মহাযরবদা ওংম্বাক্লা হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা থোদো ওইরম্মী। মসিগী থোদোসিদা যোগী শৈশকপশিংনা মখোয়না হাযরিবত্থ অসিনি হায়বা খঙনা খঙনা সুপীশিংবুদি যাম্না মপুকচেল পীকপগী থোদোদা ওক্ত-লীচং চংতুনতা মরৈবীনি হায়না নিন্দা তৌরম্মী। চণ্ডীগী না পল থুদেরম্মী, মহাক শিবনা মতম চানা কনবিরমদ্রবদি গোবক্ষনাথকী শাপ ফংলমগনি। সিদ্ধবু ইন্দ্র-শিংগী মরক্তুগী মরী অমদি হান্নমা কাঙবুসিবু থাদোক্লম্লগা চংশ্রবনি। গোবক্ষনাথপু মীত্তগী লৈফম ওইরবা পৃথিবী অসিদা কোয়না চংতুনা লৈহোনবা থনম্লগা শিবা অমসুং চণ্ডী কৈলাসতা চংথিরম্মী। মহাক্কী ইতং তত্তনা পোথাফম ওইরিবা মফমদি বিজয়নগরগী বকুল পাম্বী অমগী মখোঙদনি। নোংমা মহাক্কা কান্নগা মফমত্থদা উন্ন-রম্মী। উনবত্থদা মরুপ-মপাং ওইবগী হরাও হরাওনা তৌনরমদে, মখোয় মখোয়গী গুরুগী মরা মপাউ হংনরগা অত্থম তোক্লরম্মী। মাগী গুরু জালন্ধরিবু ময়নামতী॥ মচা গোবিন্দচন্দ্রগী (নত্রগা গোপীচন্দ্রগী) য়াথংদগী হিংনা হিংনা লৈরোন চন্দুনা হাংগ্রে হায়না কাহুনা তারম্মী। গোরক্ষদা মাগী গুরু মীনদি যুম্বানবগী অন্না-ছংঙাইগী

ঈরাংদা তাউদুনা শিগদোরে হায়বসি তল্লম্মী। গোরক্ষ খুদক অহুমক্তদা মুলী ঙাক্তনা পানবা মুপা হায়ববু মীন মথন্তা ম'রবা নৈবাক অদোমদা চৎখিরম্মী। মীনবু মাগী তুংইনবা যোগীশিংনা কল্লগদোরে হায়বসি তারদুনা মাগী রাণীশিংনা মুপা অমত্তা, যোগী থঙদে অমা থঙদে কোক্তুং মতুংদা ঙুপচঙ চঙবা য়াদে হায়না থিংথিরম্মী। গোরক্ষনা জগোইশাবী অমা শাদুনা ইরাই লাইনা চঙলম্মী। মীননা অনৌবী জগোই শাবী অমা থুংলবা হায়বা তারুনা মাগী মনাক্তা পুরুরবা হায়রম্মী। গোরক্ষনা মাগী গুরুগী ওল্লনিবা মওংদু উবদা পুমঙক ঙক্লম্মী। মীন মহাজ্ঞান পুম্নমক কাউ-রমলে অমসু মাঙ তারবগী পুন্সি মরেলদা লেল্লম্নে হায়বদু মহাক থঙলম্মী। মহাক্কী মশা পুম্নচোক চোকথর'ম্ল, মপাক্লিংস্ত শোম্বরে, মহাক শিগদোবা পংকুই কুইররোই হায়বদুস্ত উরম্মী। গোরক্ষনা মহাকপু হেক উবদা গুরুনা শক থঙগনি অমসুং পুম্নমক ইরাই লাইগনি হায়না খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মীননদি মাবু জগোইশাবী মুপীনি হায়নতা মথঙলম্মী অমসুং মঙান্দা মাগী হৈজবী জগোইদু উহল্লু হায়রম্মী। গোরক্ষ ওস্থোক্লা খুদোং থোক্তুবা মওংদা নৈরে মরমদি শিষ্য অমা ওইনা মহাক্লা মাগী গুরুবু জ্ঞান তাহনকম থোকই অদুগা মদুস্ত জগোই অমসুং ঈশৈগী থোঙদা তৌবা তারম্মী। মহাক কনানো হায়বদুস্ত তাকথোকপা যাদ্রে, মদুম তৌরবদি মহাকপু খুদক্তা তাম্থোক্লক্কনি। মহাক্লা পুঙশেন অমসুং মথোঙদা শিরিবা থোঙজিগী মথোলগা লোযননা জগোই শাদুনা মাগী গুরুগী মফমদা মহাজ্ঞানবু থঙহন্দুনা মাগী নৈরিবা অবস্থা অদুদগী কন্ননবা হুম্মৈথ হোৎনরম্মী। মীনগী থঙনিংবা মতৌদু উরকপদা গোরক্ষনা অধ্যাত্মগী পাউশাক যাওবা পাখোংগী ঈশশিং শরুম্মী :

> ঈশিংগী মরীক অমগা নৈতে পুম্ব্রিদা, করি। তাউথোক্লি অদুগা পুম্ব্রি মপান ঈশিংনা। নৈখিদে য়েরুম অমত্তা মহুমদা, করিগী অতুগা খপলি শারুং উচেক মচাশিং মতুংদুদা। শহর মতুং নৈতে মী অমত্তা অদুবু ক্রক ক্রক ইন্নরি যমশিং। মীংতাংবনা ফল্লি দোকান, পোৎ নৈরিবনা না পঙবনি। নোং চুবা লেপথ্রসন্ত অদুগা চঙথ্রসন্ত ঙাযামদো পুম্ব্রিগী নৈথাদা। লানবা তারি লুরবা সমুদ্র পিরুবা হিদা।

ঈশৈসি তাবদা মীনগী মফমদা মহাজ্ঞান মিকুপ্তা ফাওরকম্মী। মাগী শিষ্যনা গুরুবু অমুক হন্না জ্ঞান তাহল্লম্মী। (মতাং অসিবু 'মীন চেতনা' হায়বদি মীননাথকী জ্ঞান তারকপা হায়না খঙ্গেন)। খুদক্তা মুপীগী ময়াদগী চমলম্মী। গোরক্ষ মাগী পোথাফম বরুল মথোঙদা হনখিরম্মী অমসুং মীননাথনা মফমদুদগী চৎথ্রগা মহানাদতা সন্ন্যাসিশিংগী নৈকম (মঠ) অমা লিংখৎলম্মী।

কাহ্নগা গোরক্ষগা উন্নরব। তুংদা কান্নুনা করি করি তৌথিবগে হায়রবগী রাজ্ঞী। মতাং পায়থৎত্রিবঙে মমাঙসিদা ময়নামতীগী মরমদা রাজ্ঞী মতেক অমত্তং পনখিবা তাই। মথোন কান্নকপদা মঙাইরিবী ময়নামতীনা সিদ্ধ মহৎলবা অমগা থেংনরম্মী অমসুং মহাক্না মাবু তান্ত্রিকী যোগ সাধনাদা দীক্ষা পীরম্মী। থরনা মাগী গুরুগী মিং মীননাথ কৌই হায় অদুবু মহাক জালন্ধরি নত্তুনা কনাম্ব ওইরমগদোবা মান্দে, মরমদি শিবনা মহাকপু তাংখোক্লক্লবা মতুংদা জালন্ধরিনা ময়নামতীগীদা লাকতুনা মশক খঙহন্দনা মাগী শগোল শঙগী রাইশিংপা ওইনা থবক তৌদুনা লৈরম্মী। ময়নামতী পাটিকাগী নিংথৌ মানিকচন্দ্রগী রাণীনি। লুহোংলবা মতুংদা ময়নামতীনা মপুরোইববু তান্ত্রিকী যোগ সাধনাদা চঙনবা হোৎনরম্মী। মানিকচন্দ্রনা মাগী রাণীবু 'জ্ঞান ডাকিনী'নি হায়না থাজবম্মী অমসুং মাগী লাইনা পীবা শক্তি অদুবু কিরম্মী। মাগী রাণীনা হায়বদু য়াত্রিবঙে মমাঙদা মহাক নোঙ্গাখিরম্মী। গোবিন্দচন্দ্র মপানা থূপথ্রবা মতুংদা পোকখি। চহী মতাং চারক্লবা মতমদা মহাক মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবী অনীগা লোয়ননা লুহোংলম্মী অমসুং অথিংবা লৈতনা হুংঙাইবগী ঈবাংদা তাউদুনা লেল্লম্মী।

ময়নামতীনা মপুরোইবগী থাবাগী মরী তত্তবা পাম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী মচান্নপাদি মচা পোক্লরোই হায়বসি মহাক খঙলম্মী। মরম অসিনা থারা অসি তত্তনবা অমত্তা ঙাইরবা উপায হায়ববু গোবিন্দচন্দ্রনা পুন্সি চংশাংনা পুন্সিবা হায়বসিতা মঙাইরম্মী। মদুম তৌগে হায়রবদি মহাক সিদ্ধ যোগী ওইনা দীক্ষা তৌদুনা অমসুং ভিক্ষা নিদুনা চাবা সন্ন্যাসী ওইদুনা অকনবা যোগ সাধন তৌবা তাই। মহাক্না মচাদা জালন্ধরিগী শিষ্য ওইয়ু অমসুং মতম থরতা ওইরবস্ত য়ুম্বানবগী পুন্সি থা-দোকউ হায়রম্মী। নিংথৌম্ব ওইরিবা অদুগা নিংথৌগী মচাম্ব ওইরিবা মহাক্না অতোনবা জাত্তা পোকপা 'হাডি' শগোলশঙগী রাইশিংপা অমদা খুরুম্বা হায়বসি ইকাইনবগী মশক্রি হায়না গোবিন্দচন্দ্রনা থল্লম্মী। মমানা 'হাড়ি' হায়বা রাহৈসিগী অর্থদি হকচাং শরু পানবা (হাড) হায়বনি চাইনা শন্দোক্লা তাক্লম্মী।

গোবিন্দচন্দ্রনা মমানা হায়বদু য়ানিং য়ানিংদনা য়ারম্মী। জালন্ধরিদা মহাক দীক্ষা লৌবম্মী অদুবু য়ুম্বান পুন্সিদা চংঙাইনা অদুম মরৈরম্মী। মহারা মহৎলকপা যোগগী শক্তিশিং অদুবু নৌনা দীক্ষা তৌরকপা যোগীনা তৌবদোনা অঙাংগী থৌদোগুম ইরাই লাইনা থন্দোক্লম্মী। মাগী গুরুনা মহাক্কী উশিত্তবা থৌদোহ্ খঙলম্মী অমসুং মাগী শক্তিশিংদ্র লৌথোকখিরম্মী। মাগী মুপীশিংগী মাঙদা মাগী নিংথৌগী নাপল মৈখেল্লম্মী। গোবিন্দচন্দ্র মাগী গুরুগী থৌদৌ অসিদা য়ামা হুংঙাইরমদে অমসুং মাবু

হিংনা হুমহল্লম্মী। কাহ্ননা মাগী গুরুগী পাউ অসি গোরক্ষতগী তারম্মী। পাস্টকাদা মহাক খুদক্তা চৎলম্মী অমসুং অঙাং ওইরিবা যোগী অমা শাহুনা সহরু মহুংদা চঙ-লম্মী। কাহ্ননা নিংথৌ সভাদা চঙলক্তুনা মাগী শক্তি মথল মথল উত্তুনা নিংথৌবু কিহল্লম্মী। গোবিন্দচন্দ্রনা জালন্ধরিগী মোংফমদু তৌথোরবা য়াথং পীরম্মী। মোং-ফমদগী থোক্লকগা গুরুনা নিংথৌগা উন্নগে হায়রম্মী। কাহ্ননা তাকপা মতুংইন্না সনানা শাবা গোবিন্দচন্দ্রগী মুর্ত্তি অমা সিদ্ধ ফংলবা গুরুগী মাঙদা থম্লম্মী (নোংচুপ ভারতলোমগী ৱারী অমদনা তকথায়রবা হৱাই মঙ্গল মরু হাপ্পা পুখম অমা থম-লম্মী হায়)। গুরুনা হেক য়েংবদা মুর্ত্তিদু (মঙ্গল অতকপদু) মৈ হৌদুনা চাক-লম্মী অমসুং উৎ ওইখিরম্মী। অনীবক অস্নম্না তৌরবগী তুংদা গুরুগী অশাউবদু নেমথখিরম্মী। হৌজিক্তি অস্নম্না ৱাররুবদা অমসুং ইকাইবা ফংলবদা গোবিন্দচন্দ্রনা গুরুনা হায়বা পূন্নমক তৌজরগে হায়না হায়জরম্মী। জালন্ধরিনা মাবু যোগগী মপুং ফারবা দীক্ষা পীবম্মী। নিংথৌনসু মাগী সনা লুপাগী ফিজেৎতুগী মহুৎতা ফিজেৎ ফিগাই শেৎলম্মী, মোইবুংগী নাইন চিল্লম্মী অমসুং যোগী অমগী চপচাবা শেৎ চাগ-দৌবদু শেৎলী, মশা পুম্বা উৎ তৈশিল্লম্মী অমসুং ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। অসিগী তুংদা গোবিন্দচন্দ্রনা কন্নি তৌখিবগে হায়বদুদি ফুঙ্গা ৱারীগী হৌনবী লম-দমদুদা চৎনবা অমসুং মীয়াম্না পান্নবা মওংদুদা শেমখিরম্মী।

ময়নামতী অমসুং গোবিন্দচন্দ্রগী ৱারীসি ইতিহাসকী ৱারী ওইননবা কন্না লাক্লরম্মী তৌইগুম্বসুং ঐথোযনা ফংলিবা মচাক মতা অসিনা ঐতিহাসিক মচাক ওইবদি য়াদে। ত্রিপুরাদা লৈবা থাযনগী পণ্ডিকের হৌজিক্কীনা মেহেরকুল হায়বা মফমসিদা মানিকচন্দ্র অমসুং গোবিন্দচন্দ্র কৌবা নিংথৌশিং পাল্লমত্রা হায়বসিদি হায়বা ঙমদ্রে। অদুমকপু অসিমদি হায়বা যাই মদুদি তান্ত্রিক চৎপা ভুস্নকু হায়বদুগী হৌগৎলকপগী পুন্সি ৱারী নেপালগী পরম্পরাগী ঐতিহ্যদা য়াওরিবা অদুগা ঐ:থোয়গী ৱারীসিগা য়াম্না মান্নে। সংস্কৃত লোন্দা নেপালদা ১৪ শুবা নত্রগা ১৫ শুবা শতাব্দীদা ইরম্বা ভুস্নকুগী ৱারীদু অস্নম্না হৌই:

ভুস্নকু অশেংবা মমিংনা অচনসেন নিংথৌ মঞ্জুবর্মগী মচানি। মহাকপু যুবরাজ ওইহন্নবগী অভিষেক তৌবা মতমদা মাগী মমা বজ্র ডাকিনীনা মাগী মকোক্তা ঈশিং অশাবা হৈথরম্মী। শাবনা থাঙবা ঙমদ্রদুনা পাখংড় কপ্লম্মী অমসুং মমাদা কন্নিগী অদুম তৌরিবনো হংলম্মী। মমানা খুম্লম্মী, 'ইবুংঙো। নিংথৌ, লাইয়েকপা অমসুং কবি, অহম অসি কৈদৌঙেদসু স্বর্গ থক য়ৌবা হৌনদে। নহাক্না নিংথৌ ওইবা ভাব্রবদি অসিদগী হেনবা অৱাবা কয়ামুক থাঙবা তাই। অদুগী শরুক্তা নয়ুম-নকৈ

থাদোক্লো অতুগা প্রভু মঞ্জুঘোষদগী মঠকী অধ্যক্ষগী মফমদা দীক্ষা লৌ।' নহা ওইরিবা যুবরাজনা মমানা হায়বতুমক তৌরম্মী।

মমাগী অমত্তা ঙাইজবা নিংথৌস্ত ওইরিবা মচাবু মমানা মযুম থাদোকহনুনা কোয়না চৎপা সন্ন্যাসী ওইহনখিবগী থম্মোয় শোক্লবা অমস্থং চঙথোল্লবা অসিগুম্বা ৱারী অসি কোযনা চৎতুনা লৈবা যোগীশিংগা তোৎনহনা লৈরিবা মীশিংনা য়াম্না পায়রম্মী অমস্থং মসিগী ৱারী আর্য লোন চৎনরিবা ভারতবর্ষগী অথাপ অথাপ্পা মফম-শিংদা শন্দোকখিরম্মী। মসি ১৬ শুবা শতাব্দীগী মমাঙ য়াম্না চথৎনা থোকখিবা ওইনা তৌই মরমদি মসিগী ৱারীসি জায়সীনা মাগী পদ্মাবতী কৌবা কাব্যদা পল্লম্মী। শিদ্ধ যৎলবা মীশিংগী মরমদা তারনাথনা ইবা লাইরিক্তস্থ মসিগী ৱাসি য়াওরম্মী অমস্থং বাংলাদা ইবা মসিগী ৱারীগী ৱাহৈ পরেং অনীথকস্থ লৌথোক-তুনা লাইরিকসিদা হাপ্লম্মী। বাংলাদেশতা মসিগী ৱারীসি ১৫ শুবা শতাব্দীদা অস্থপকী মতিক পায়রম্মী হায়বসি কবি অমনা ১৬ শুবা শতাব্দীগী ঙল্লিঙৈদা ইরম্বা অমদগী থঙবা ঙম্মী। ময়নামতী অমস্থং গোবিন্দচন্দ্রগী ৱারীগী মরমদা থ্বাইদগী অরিবা বাংলাগী লাইরিক্তি ১৭ শুবা শতাব্দীগী ঙল্লিঙৈ মতমদা নেপালদা ইথিবা নাটক অতুনি। বাংলাদেশতা মসিগী ৱারীসিগী কবিতাশিং ইথিবসি অথেঙবা ১৮ শুবা শতাব্দীদা নত্রগা ঙল্লিঙৈ ১৯ শুবা শতাব্দীদনি।

শাস্ত্রবু ঙাক্না চৎলিবা ব্রাহ্মণ সমাজগী নীতি-নিয়মশিং চত্তে হায়বগীদমক নাথ যোগীশিং অমস্থং মথোয়গী ইচম চম্বা তুংইনবা থোঙলোইশিংবু অমাংবনি হায়না ইন-থোক্লরম্মী। মরম অসিনা মথোয়গী ঈশৈশিং অৱাংবা থাক্কী সমাজদা শক্লরমদে। মসিগী মহৈনা ময়ায় মতমগী বাংলা লোনগী মতমদা লৈরম্বা কবিশিংনা লৈবাকসিগী অরিবা সাহিত্যগী থ্বাইদগী চাউরবা বিষয় অমবু থাদুনা সাহিত্যগী পোৎশক অমত্তা পায়থৎপা ঙম্লমদে। অতুমকপু মসিমদি হায়বা য়াই মতুদি ১৬ শুবা শতাব্দীগী কবিশিংনা মসিগী বিষয়সিগী মহৎ ওইনা চৈতন্যগী পুন্সিবু সাহিত্যগী মচাক ওইনা শিজিন্নরম্মী।

লিনশিংগী মখেম্মা মনসাগী ৱারীগী হৌরকফম য়াম্না চয়েৎলৈ। ৱারী অসি ধর্ম-সাধনাগা মরী লৈনবা লৈশেম-সুংশেমগী পৌরাণিক ৱারীদগী হৌরকপনি হায়বসি পিক্লবা লংলা অমত্তদা য়াব্দুনা থবগুম তৌই। কেতকা হায়বসি মনসা হায়বা ৱাহৈ-সিগী অর্থগা চপ মান্নে অমস্থং মনসা হায়রিবা মিং অসিনা তাকপদি শিবনা হুপী পাম্বগী ৱাথলদগী থোকখিবনি হায়বা অসিনি। মনসা অহানবদা ময়মচৎ কস্তবী লাইরেম্বী অমা ওইরম্মী। মহাক্কা শিবগা মরী-মত্তা থোক্লবদগী হৌনদবা হুপী-হুপাগী মরী লৈনবগী মরমদা মনসা মঙ্গলদা কবিতাশিংদতা নত্তনা ময়ায় মতমগী

বাংলাগী অতৈ লাইরিক কয়াদস্থ যাওরি। মনসামঙ্গল কাব্যগী অরোইবা খ্বাইদগী মরু ওইবা মতাং বেহুলাগী ৱারীদা য়াওরিবা মহাক্কী ঈরাং পাম্বগী শাজৎশিং অমু পুংমুৎ মুখৎপা যাররোই।

অতোপ অতোপ্পা পুরাণগী ৱারী মবাম নশিন্নরগা কবম্না শাগৎখিবগে হায়বসি মনসামঙ্গলগী শরুক অহুমদা য়াওরি, মখোযতুদি (১) লাইরেম্বী অসিনা পোক্লকপা, মহাক্কা চণ্ডীগা খৎনবা অমস্তুং চান্নবকপা অমস্তুং মহাক্কা জগৎকাকৃগা লুহোংবা; (২) মীনা মাবু পূজা তৌননবা মনসানা হোৎনবকপা অহানবদা শক্লেন্নহা অভাং-শিংবু মসিগীদমক নৈরকপা, মথংদা মুসলমান লৌউবা অমবু অহুদগী ভা ফাহুনা চন্না তানবা ইমুংবু নৈবকপা অমস্তুং (৩) অরোইবদা চাঁদো কোবা নাল্লোনবা নিংখৌ মচা অমনা মহাকপু লাইনি হায়না পূজা তৌরকপা। ইরোই লোইবা শক্তা খ্বাইনা পান্নরবা বেহুলাগী ৱারীগী মতাং যাওই। মসিগী ৱারীসি খরনা ফুঙ্গা-ৱারীদগী অহুগা খরা অমনা চৎনরম্বা পৌরাণিক ৱারীশিংদগী লৌখোক্লগা পুশিন-নহুনা শেমগৎখিবনি। মনসাগী শন্নপ্পা ৱারী মখাদা ইরি।

থাইনা থক্তা তাখিবা শিবগী বীর্য্যদগী মনসা পোকখিরম্মী (মরম অসিদগী মাগী মমিং পদ্মা নত্রগা পদ্মাবতী কৌরম্মা) অমস্তুং মাবু লিনগী লাই বাস্তকিগী মমানা য়োরম্মী। বাস্তকিগী প্রজাশিং ভাক্লনি, (সংস্কৃত্তা কাক, তক্ষা অমস্তুং বাংলাদনা নির্মানী হায়না খঙনৈ)। লিনশিংনা (নাগ) মাবু মখোযগী বাণীনি হায়না যানরম্মী অমস্তুং মহাকপু মখোযগী হু থম্ফমগী পান্নবী হাপ্লম্মী। নোংমা পোৎ অমদা শান্ন-ৱিঙৈদা মপা শিবনা মাবু উরম্মী অমস্তং মচানি হাযবা খঙদবদগী মাবু পাম্বদগী থেম্মলম্মী। মনসানা মহাক কনানো হাযবহু তাক্লম্মী অমস্তুং মহাকপু শিবগী মযুমদা পুবিয়ু হাযজরম্মী। শিবনা মাগী হুপী চণ্ডীনা মনসাবু লৌখৎপিরোই হায়বসিদা কিহুনা মাবু মযুমদা পুনিংলমদে। অহুবু মনসানা হায়জবহু লৎনবা ভমদ্রহুনা মহাকপু লোম্না পুরক্লম্মী। চণ্ডীনা মহারা নৈরম্বহু য়াম্না থুনা খঙলক্লম্মী অমস্তং শিবগী অতোপ্পা হুপী অমনি নীত্হুনা মাবু তাখি-তাওইননা তৌরম্মী। অম্নন্না নিংঙ ই-শাংদানরম্বদগী খুৎ থোরন্নম্মী অমস্তুং মনসাগী মমিৎ নাম তাঙলম্মী। শিবনা মচানুপীবু তানখোক-প্রগনি হায়বদগী ইমুং-মঙুং খৎনরম্বহু নেমথখিরম্মী। শিবনা মচানুপীদা মাগা চৎ-লসি হায়রম্মী। ময়ুম থাদোক্তুনা য়াম্না লাপ্পা লাক্তুনা উমং অমা য়োম্নকলম্মী। উমংহুগী ময়াযদা চীং মচা অমগী মথক্তা উনাপুংবা উ মচা অমা হৌরম্মী। মফমহুদা কাখৎলক্তুনা মখোয় অনীমক পোথারম্মী। মনসা হিপ্তুনা পোথারম্বদগী তুমথখিরম্মী। তাঙাহুদা শিব তুমিন চৎখিরম্মী। চৎলমদাইদা মচাবু হুংশিবদগী মমিত্তগী মপি

শিল্লখিরম্মী অমসুং পিগী মল্লীক অসিদগী নেতা (নত্রগা নেত্রবতী) কৌবী হুপীমচা নৈশাবী অমা চোংথোক্লকখি।[১] শিবনা নেতাবু মনসাগী লোইনবী অমসুং অফ-ফত্তা তাকপী ওইহল্লম্মী। অহুদ॥ মাগী হমাং নৈরীক্ত॥ ধামাই কৌবা হুপা অমসু পুথোক্লম্মী অমসুং মহাকপু মথোয় অনীগী ঙাকশেনবা মী ওইহল্লম্মী। অসুম্না অফ-ফত্ত॥ ৱাখলদা মপুক্কিং পেল্লতুনা মহাক ময়ুমলোমদা হনখিরম্মী।

লাইরেবাক্তা ঈরাং অমা হোৎরক্লম্মী। লাইশিংগী শনবী কপিলাগী পোকপদা ঙাইরিবা শন্নাউতুনা মতম চানা মথোম থকপা ফংদবদ॥ ধর্ম চেনবা লাইশিংগী ঈশিং চানফম ওইরিবা বল্লুকাগী ঈশিং পূন্নমক থংক্লোকখিরম্মী। শিব-॥ পাউতাক তুংইন্না লাইয়াম্না কপিলাবু পূজা তৌরম্মী অমসুং মা॥ শঙ্গোম্না বল্লুকা সমুদ্রবু থলহল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং থুদোং থীব॥ ঈরাংহু মতুনসু লোইরমদে। তেনৱা অমথল্লা মুনি অম॥ মঙ্গে পুহনা সমুদ্র লান্দুনা পাইরকপদা মঙ্গেহু সমুদ্রহুদা তাখিরম্মী। মঙ্গেহু অসুপকী মতিক শীল্লম্মী, মহুনা হেক তাবদা বল্লুকা সমুদ্র॥ শঙ্গোমহু ফমখিরম্মী। লাই-য়ামপূম্বা অমুক হন্না তৌফম থঙনরমদে। শঙ্গোম অফম্বহু মহী ওইননবা সমুদ্রহু নৈবদা তারম্মী। (মফম অসিৱাইদা পৌরাণিক ৱারীগা চানৈ।) সমুদ্র নৈবদা থোক্লকপা অফবা পোৎ পূন্নমক বিষ্ণু, ইন্দ্র অমসুং অতে অতে মরুওইবা লাইশিংনা লোইনা নৌনখিরম্মী। শিব অসুরশিং য়োরকপা মতমদদি মথোয়॥ শরুক করিমত্তা নৈরমদ্রে। মথোয়না অমুক হন্না নৈননবা তকশিল্লম্মী অমসুং হন্দকমুক নৈন্নকপ-সিদদি তাইবংপান অসিবু মাঙ-তাকহনবা ঙম্বা হু ওইনা থোরক্লে। লাইযাম্না শিবদা সৃষ্টি অসিবু কন্ননবগীদমক হুহু থকপীনবা হাযজরম্মী। হুহু অসুপকী মতিক কল্লম্মী, শিবনা হেক থকউবদা মহাক ৱাম্বতুনা তারম্মী। হৌজিক্তি মপাবু হিঙ্গৎহন্নবগী-দমক মনসাবু কৌরক্লে। মহান্না মপাবু হিঙ্গৎহল্লবদা লাইয়াম্না পেল্লতুনা মতুগী মনা ওইনা লাইগী সভাদা মহাক্কীসু ফমফম অমা পীরম্মী। লাইরেম্বী ওইরবফাওবদা ময়ুমদি শানবা তাই। ঋষি জগৎকারুদা মহাকপু লুহোংতুনা থাজরম্মী; মহাক্না মনসাবু য়াম্না কিজরম্মী অমসুং ইকুই কুইদনা মহাক চেনখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মচা অমদি পোকহোরে। মাগী মমিং আস্তিক কৌই, মহান্না কমদোনা জনমেজয়না লিনগী যজ্ঞ তৌবদা থুগাইথিবগে হায়বগী ৱারী মহাভারত্তা য়াওরি। মফম অসিদা অহানবগী শরুক হায়বদি পুরাণগা শরুক লোইরে।

---

[১] ৱারীসিগী হোৎরকফম ফুঙ্গা ৱারীগী মচাক্তগী ওইবগুম তৌই। নেতা হায়বীসি ৱাম্ভ্য তান্ত্রিকশিংগা লাই-ওই মী-ওই তৌবী লাইরেম্বী নিত্য হায়ম্বিহুনি।

লাইশিংনা লায়গী ওইবা শক্তি লৈবসি মীনা য়াবদা লৈরে। মীনবু পূজা তৌবিদ্রবদি লাইদো লাই ওইদ্রে। মরম অসিনা মনসানা মাবু পূজা তৌবা মী ময়ামবা হোৎনরম্মী। নোংমা নেতাগা লোযননা মহাক পৃথিবীদা কুমথরকম্মী অমসুং শন শেন্দুনা লৈরগা শনশেন্নহা থরগা উন্নরম্মী। মহাক্না য়াম্না অহল ওইরবী ব্রাহ্মণী অমগী শক্তম লৌদুনা মখোয়গী নাক্তা লাকম্মী অমসুং মাবু পূজা তৌনবা হায়রম্মী। অঙাংশিংদুনা মহাকপু যাদ্র তৌবী হুপী অমনি নীংদুনা নুংনা থাদুনা তাল্লম্মী। মখোয়বু মতিক চানা ব্রারকবগীদমক মখোয়গী শন ময়ামদু অকবা খোং অমদা তাহন-খিরম্মী। হৌজিক্তি শা-শনশিংদু খোং অদুদা কাথৎহন্নবা মহাকপু পেলহনবা তারম্মী। মনসানা শনশিংদু কাথৎহল্লম্মী অমসুং মাবু শঙ্গোম পীথকউ হায়রম্মী। শঙ্গোম শুম্বদা য়ানবা চফু অমত্তা লৈত্রবদা মনসানা মহাক্না শঙ্গোম যানবা পুৱিবা পয়ানা শাবা থুমোক অদু অঙাংশিংদুদা পীরম্মী। থ্ৱাই মকোক চিংবা অঙাংদুনা থুমোক্ত লৌরগা মখোম কুইনা থোকখিদ্রবী শনবী অমগী মখোম শুমলম্মী অমসুং মদুদা থোক্লকপা শঙ্গোমদু মনসাদা থকপিনবা কৎলম্মী। লাইরেম্বীনা মকোক লুকথদুনা শঙ্গোমদু থক্লম্মী। হৌজিক্তি শঙ্গেন্নহাশিংদু মহাক্কী তৌঙমদবা লৈত্রবা শক্তিদু খঙ-লম্মী। চহী খুদিংগা জৈষ্ঠগী (মে-জুনগী) পাম্থৎলকপগা তরানি পানবদা মহাকপু ইরাৎ পূজা তৌগনি হায়না মখোযনা যাবম্মী।[১] মসিগী পজাদা ঈশিং পিক থন্না হাপ্নবা পাত্র অমা মখুন্না সিজ উপানগী মনানা কুপ্পা অমনা লাইবেম্বীগী খুভম যাগনি। মনসাবু পূজা তৌবদা মখোয়দা হুংঙাই য়াইফবা পীবম্মী।

শঙ্গেন্নহাশিং অসিনা অস্তম্না অনৌবা লাই অমা যাম্না থরায় যাওনা লাৎখৎ-লকপা অসিদা মখোযগা য়ুমলোন্নবা মুসলমান লৌউবা অমগা নিংঙাই শাংদানরম্মী। মনসানা খুদোংচাবা তাঞ্জাদু নাম্থোকহল্লমদে। খৎনবদুদা মহাক য়াওশিল্লম্মী অমসুং য়াম্না রানা হোৎনরবগী তুংদা মহারা ঙমলম্মী। মুসলমান লৌউবা মচিন-মনাউ হোসেন অমসুং হাসান অনীনা মনসাবু তুংকোইবা ফাওবদা ইরাৎ পূজা তৌগনি হায়না য়ারম্মী। মখোয়না লাইবেম্বী অসিগীদমক চাউববা মন্দির অমা শারম্মী। মথংদা মাবু ইরাৎ পূজা তৌনখিবা মীশকশিংনা জালু অমসুং মালু কৌবা ঙা-ফাবা মচিন-মনাউ অনীদুনি। মখোযনা সমুদ্রদা ঙা ফানবা ইন থোনবদা মনসাগী শেং-লবা ঘট অনীথক লাৎলম্মী অমসুং মখোযনা মদুবু মমাদা পাবম্মী। মমানা ঘট অদুবু পূজা তৌরম্মী অমসুং ফাবা ইমুংদু য়াম্না চাওখৎখিরম্মী। মফমসিদা অনী-শুবা শরুক লোইরে।

---

[১] অতৈ ৱারীশিংদা কালেনগী অতোপ অতোপ্পা থাশিংবু পল্লি।

মথংদা অরোইবা ওইনা মনসানা ফংগে হায়না তানথিবসি মহাকপু সমাজগী মরক্তা মকোক থোংবা কাংবুশিংনা মক ওইনা লল্লোন-ইতিক তৌবা মীশিংনা লাই-রেম্বীনি হায়না ইকাই খুম্নবা হায়বসিনি। লল্লোনবশিংগী মকোক চাঁদো শিব নীংবা ভক্ত অমনি। মহাক মহাজ্ঞান ফংলবা মীনি অমসুং শিবনা মঙোন্দা মনা ওইনা মশামক্কী কোক্তগী জটাগা অমসুং ফি মতেক অমগা পীরম্মী। পোৎশকশিং অসি ফংবদগী চাঁদো লাইশিংমক্কা লানবা পাবা ভমলম্মী। মনসানা চাঁদোবু পূজা তৌ-হন্নীংলম্মী তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা অপান্ননা হায়বদি ভন্নমদে। চাঁদোগী হুপীনা মনসাগী ঘট লাৎপগী ব্রা জালু অমসুং মালুগী মমাদগী তম্লম্মী। চাঁদোদি মহু খঙলমদে। অদুবু মতম কুইনা খঙদবদি যারমদে। নোংমা মাগী হুপীনা শেংলবা ঘট অদুবু ইরাৎ পূজা তৌবা উবম্মী, মহুদা শাউদুনা ঘট চফুদু মখোঙনা কাওরম্মী। মনসা মসিদা য়াম্না শাউরম্মী। মহান্না চাঁদোগী মাঙ-তাক্লবা কয়া হোৎনরম্মী অদুবু মহে য়াল্লমদে। নেতানা চাঁদোদগী শিবনা পীরম্বা মনা-মথুমশিংদু লৌথোক্লবা মনসাদা তাক্লম্মী। পাউতাক অসিগী মতুংইন্না নোংমা মনসানা মশক মতৌ ফজরবী নহা ওইবিবী হুপী অমগী শক্তম লৌদুনা মাগী মনাউহুপী থোকপী অমনি হায়জিন্দুনা চাঁদোগী নাক্তা লাক্লম্মী অমসুং মহাকপু নমদুনা ওক্ত-লমচৎ চৎহল্লম্মী। অসিগুম্বা হৌনদবা শাজৎ অসি চৎলুবনা চাঁদোনা মানা ফংজথিবা লাইগী মনা-মথুম অমসুং মহাজ্ঞান থম্বা ভমথিদে। মনসাগী লিনশিংনা চাঁদোগী মপুং মরৈ ফারক্লবা মচাহুপা তরুক চিক্তুনা হাৎথিরম্মী। অদু ফাওবদা চাঁদোনা মনসাবু লাইরেম্বীনি হায়না থৌওইবমদে। চহী থরা লৈরগা চাঁদোগী ইতোন তোনবা মচা লখাই (নত্রগা লখিন্দর) পাথ' ফারক্লম্মী। চাঁদোনা মচাগীদমক চঙখোল্লবী মমৌ অমা কন্না থিরম্মী। বেহুলা হায়বী মচাহুপা মযাম পোকপা অচৌবা লল্লোনবা অমগী অমত্তা ভাইরবী মচাহুপী অমা মাগী মমৌ ওইনা ফংলম্মী। মনসানা মাগী থারা-নালা পুন্নমক মাঙহন্ননবা তৌরে অমসুং মরম অসিনা মহান্না মচাগা মমৌগদা তমথিবা থৌদো তৌরকপা য়াই হায়না নীংদুনা চাঁদোনা মচা মমৌনা লুহোংবগী হুমিদাংদা লৈন-নবগীদমক চুংশিৎ ফাওবা চঙবা ভন্নরোইদৌবা য়োৎকী কা অমা শারম্মী। তৌই-গুম্বসুং মনসানা শেল পীজদুনা ব্রানোম্বদগী যেত্তুম মথুনমুক্তা লাওবা মরীন অমত্তং ফাত্তুনা থম্লম্মী। পিকথ্রবা অহোবা অসি ফাওদুনা মনসাগী মনাই থ্রাইদগী পিক্লবা অমসুং মহু কল্লবা লিন অমা ফাওজিল্লক্তুনা বেহুলাবু মচা থারা পালহনবা ভমহন্দ্রিঙৈ মমাঙদা লখাইবু চিক্তুনা হাৎলম্মী। মাগী বংশগী ইরোই লোইবা অমসুং থ্রাইদগী হুংশিজরবা মচাবু অস্সুম্না তমথিবা মীহাৎতা হাৎলবা ফাওবদা চাঁদো কন্নিমত্তা হল্লমদে। লিন্না চিক্তুনা শিবা হাযবসি লিনগী লাইরেম্বীনা হাৎপনি হায়না লৌনরম্মী। লিন

পুজা তৌবা হায়বসিনা মৈ পূজা তৌবগী চৎনবীগা য়ানদবা মন্নম্না লিন্না চিক্ক্না শিন্নবা মী অমগী হকচাং মৈ থাদুনা সংস্কার তৌবা যারমদে। অশিগুম্না হকচাং তুরেলদা থাদনৈ। শিরিবতুগী মথ্বায রাহৌরবা মরী-মতাশিংগী মপুন্নিংদা অশিবা অসি লাই·ী নোংদমদগী থেংনরুবা কনাগুম্বা যোগী অমগী যোগ সাধনাগী পান্দৈদগী হিঙ্গৎহল্লকপস্থ য়াই হাযবা হাযফেৎ থাজবামস্থ পোরবম্মী। মতৌ অসুম্না লখাইগী অশিবা হকচাংদু কু অমদা হাপ্লগা বল্লুকা। তুরেল। ঈচেলদা থাদত্তনা তাউহল্লম্মী। বেহুলানা মপুরোইববু উদনা লৈবা ঙমদ্রত্তনা মহাকস্থ কু অত্তুদা চঙলম্মী। অসুম্না তাউথবকপসিনা ত্রিবেণী যৌগ্রিঙৈ মরকসিদা বেহুলা। মশাদা অপাম মিহৌবগী রাথল অমস্থং অকি-তুজুং কয়া পোক্লম্মী। ত্রিবেণী যৌবক্রবদা মহাক তোব্বান্দা কাখৎলম্মী অমস্থং মফমত্তুদা ফিগুবী রুপী অমনা অহানবদা মচাবু হাত্তোক্লগা ফিগুবা অত্তুদগী অমুক মমৈদা মচাদুবু হিঙ্গৎহল্লগা চৎখিবদু উবম্মী। মহাক নেতা হায়বী লাইশিংগী ফি শুবী মনসাগী মরুপ্তুনি।[১] মথং॥ হুমিত্তা মহাক অমুক লাকপদা বেহুলানা মহাক্না মকপ শান্নবম্মী অমস্থং মহাকপু লাইশিং॥ সভাদা পুবিনবা অমস্থং মখোয মযামদা মহাক মাগী মমৌদপী ফিগু-ফিজাম হৈবী অমস্থং জগোই হৈবীনি হায়না শক থঙহনবিনবা হাগজবম্মী। বেহুলা লাই॥ সভাদা লাক্লম্মী; লাইয়াম্না মাগী জগোই যেংগে হাযরম্মী। শিব অমস্থং লাইযাম পুম্নমক মা·॥ জগোইদু উবদা পেল্লম্মী। অত্তুগী তুংদা মহাক্না মা·ী থ·োয় শোক্লবা রারীদু লীরম্মী। লাইয়াম্না যাম্না থরায য়াওনা হাযরবদা অমস্থং বেহুলাগা হন্না হন্না মহাক্না মা·॥ মকুবোকপু মনসাদা শোয়দনমক পূজা তৌহনগনি হাযনা রাশক্রবদা মনসানা লখাই অমস্থং মহাক্কী কুইনা শিগ্রবা মচিন-মনাউশিংবু হিঙ্গৎহল্লম্মী। মখোয় পুম্নমক মযুমদা হল্লকলম্মী অমস্থং চাঁদোদা মনসাগী মফমদা পূজা তৌনবা অত্তুক হাকনা কন্না তরনিংঙাই লৈরমদে।

ধর্ম[২] কৌবা লাইগী রারী অমস্থং ইরাৎ পূজা তৌবগী মরম পৌরাণিক রারীশিংদা ইরল্লিবশিং যাম্না কুপ্পী। মখোয়শিং অসি বেদগী মতমদা বেদগী মতুংইন্না চৎনরঙ্গা অমস্থং বেদগী মমাঙদা লৈরঙ্গা লাইনিং-লাইশোনগী শাজৎশিংগা অমস্থং অতোপ অতোপ্পা অনার্য কাংবুশিংগী পুরাণশিংদা যাওবা লাইনিং-লাইশোনগী চৎনবীগা পুম্না য়ানশিন্নত্তনা শেমখিবনি। ধর্ম হায়বা লাইসি ঋগবেদগী শরুক থরদনা যম অত্তুনা

---

[১] মনসাগী মরুপসিগী থোদোসি চুম্নগী ফুঙ্গাবারীদগী মমিংদগীগা মান্নবা অমদগী লৌবা মাল্লি। বাংলাদা ফিবু নেতা হায়না থঙনৈ।

[২] পুরাণগী ধর্মরাজদগী শমজিনবা মিংনি।

অতোপ্পা শরুক থরদনা বরুণ ওইনা।[১] অতুগা মতুংগী বেদশিংদা অমসুং ইরানীশিংগী পরমপরাদা হুমিৎ কৌবা লাই অতুনি হায়না লৌনৈ। বেদগী মমাঙ্গ অরিবা ব্রাহ্মণশিংদসু মহাক্না ইহান হানবা লাইনি হায় ( তাইবংপান শেখা হেক লোইবদা মহাক নোঙ্গাথিরম্বী হায় )। থায়না মতম অমদা ধর্মবু ( অমসুং মাগী মচন অমসুং লোইনবীসু ওইথিবী কেতকা মনসা, বৈদিকী মতমদনা যম্বী হায়না খঙনবী অসিবু ) নোংপোক অমসুং অরাং ভারত শিন্থুংনা উমং লাই ওইনা খুল্লক-ইরক্তা লাৎনরম্বী হায়বগী মতিকচাবা প্রমাণ ফংই।

বাংলাদেশতা হৌজিক ফাওবদা ধর্ম পূজাগী পদ্ধতিদা মীয়ামগী মরক্তা মথোয় মথোয়না শিনফমগা লৌউবদ না হৌতুনা খুজু খুৎলাই শাবা ফাওবগী অমসুং বেদশাস্ত্র না মন্ত্রনচিংবা থীবদগীনা হিংচা-যাইতবগী জগোই শারিবা ফাওবগী থবক্তা মরী লৈননা চৎনরিবা পূজাগী নিয়ম অমসুং পদ্ধতিশিং পুম্নমক য়াওরি। মসিমক্না মুসলমানশিং লাক্লিঙৈদা বাংলাদেশকী রাজসভাদা চৎনরম্বা রীতি নীতি, লমচৎ ব্যবহারনচিংবদু নাকোইননা ঙাক্তুনা থম্লকলি। ধর্মগী পূজাদা বৌদ্ধ তান্ত্রিকশিংগী সম্প্রদায় থরগী পূজাগী মওং চঙই হায়না ইহান হান্না হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা হৌদোকথিবা অমসুং থরনসু য়ানথিবা ব্রাফমদু অরানবা ব্রানি, ধর্ম জাদা বৌদ্ধতান্ত্রিকী মতৌ অমত্তা য়াওদে। হরপ্রসাদনা হায়থিবা ব্রাফম অসিগী মরম অনীথক লৈ, (১) ধর্ম হায়বা মমিং অসি বৌদ্ধ 'সদধর্ম' ( অচুম্বা ধর্ম ) হায়বতুদগী লোরকপনি, অমসুং (২) থেজুগী মূর্তি যাওরিবসিনা বৌদ্ধ না স্তুপদগী লোথোকপনি, হায়বসিনি। অসুম্না লোনরম্বা মরম অনীসিমক অরানবা ব্রানি হায়বা খঙনরক্লে। ধর্ম না মপুংফাবা মিংদি 'ধর্মরাজ' কৌই অমসুং মসিগী মিংসি ব্রাহ্মণ অমসুং বৌদ্ধশিং অনীমক্কী থায়নগী পরমপরাদা যমগী মিংনি হায়না লৈ।

ধর্ম পূজাগী মরমদা পন্দুনা ইবা মযায যুগকী বাংলা কবিতাশিং মথল অনী লৈ। অমদনা পৌরাণিক ইতিহাসকা মরী লৈনবা থায়নদগী চৎনবকপা ব্রারী কয়ামরুমগা লোইননা ইরাৎ পূজাগী পদ্ধতিশিং তাকলি অতুগা অতোপ্পা অমদনা ধর্মগী অচানবা ভক্ত লাউসেন হায়বা নায়ক অতুনা তৌথিবা থৌনা ফবগী থবক থৌদৌ কয়াবু শৈথাতুনা ইবা কবিতাশিং য়াওই।

ইরাৎ পূজাগী হৌনবীশিং তাক্তুনা ইবা ( ধর্ম পুরাণ নত্রগা অনিল পুরাণ নত্রগা ধর্ম মঙ্গল হায়না ফাওবা খঙনবা ) লাইরিকশিং অসি মথক্তা হায়না পনম্নবা তাইবংপান

---

১ লাই অনীসিমক রাজা হায়না কৌই, মরমসিনা নিংথৌনি।

লৈশেমলকপ॥ ৱাৱীনা মকোক্কী অহৌবদা হাপ্ত্না ই। অসিগুম্বা শেমগৎলকপগী মৱমদা ইবা শৰুক অসিবু তাইবং অসি শূন্যদগী লৈশেমলকপনি হায়বসিদগী শূন্যশাস্ত্র নভ্রগা শূন্যপুরাণ কৌই। অনীশুবা শৰুক্তনা ধর্মনা মহাক্কী উপাসকশিং থিৱকপগী ৱা ইৱি। ধর্মগী অহানবা উপাসক সদা কৌবা অমদা ভোম অতুনা ধর্ম পেলহন্নবগীদমক মচামকপু চাননবা কথোকলম্মী। (মমৈদবদি মচাসি অমুক হিঙ্গৎলকথি।) মথংদা ধর্মবু নীংথিবসি নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনি।[৭] মাগী পুরোহিতকী মমিং ৱামাই পণ্ডিত কৌই। অতুমশুবা শ ক্তা বামাই॥ ৱাবী ইৱি। বামাই ব্রাহ্মণ ঋষি অমগী মচানি। ৱামাইগী মপা ব্রাহ্মণশিংনা য়ানৱমদে। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কা তিন্নৱম্বশিংনা অমস্থং য়ুমলোন-কৈরোন্নবশিংনা ৱামাইবু মাংডি হায়না ইষ্টোকলম্মী। মহাক্কী শাগে-ঙাইশিং অমস্থং অতৈ ব্রাহ্মণশিংনা ৱামাইদা দাক্ষা পীবিয়ু হায়বা যারমদে।

অতুবু ধর্মনা মুগুণদগী হেন্না শেংলবা কোৱীনা শাবা পাম্বোম ফাবী অমা মঙোন্দা পীতুনা দীক্ষা পীৱম্মী। অতু ফাওবদা ব্রাহ্মণশিংনা মহাক্কা তিন্নৱমদে। মাগী অচানবা মনাইবু অস্থুম্না ৱাহনবগীদমক ধর্মনা বিরোধীশিং অসি॥ লুচিংবা মার্কণ্ডেয়বু লাইথুং থুংহনখি। সূর্যদেবতা ধর্মগী পুরোহিত মকোকনি হায়না ফাওৱবা ৱামাইগী মফমদা মার্কণ্ডেয়বু নমতুনা মকোক নোলহল্লম্মী। থ্বাইগী অৱোইবা অতুমশুবা শৰুক্তা ধর্মগীদমক চহী চহীগী কৎপা পূজাদা শকশোন্নবা 'গাজন' কৌবা পূজাগী হেক অহৌবদা ধর্মবু তুম্বদগী হৌদোকপা যাকাই ঈশৈ ওইনা খোঞ্জেল ৱাংনা শক্ত্না হায়জবা পুন্নমক তাবীননবা শৰুবা ঈশৈসিগী কবিতাশিং অমস্থং অতেনবা শৈৱেংশিং য়াওৱি।[৮] অসিগুম্বা ধর্মগী থৌদোশিং পুল্লপ 'বাৱমতি' হায়না খঙনৈ। ('দ্বারমুক্তিক' হায়বদি থোঙ হাংদোকপা হায়বা ৱাহৈসিদগীনি।) মসি ধর্মবু নিংথৌগুম্না লৌতুনা থোঙ হাংদোকপিৱক্লগা মচা-মনাইশিংনা মাগী মনাক য়োজবা ঙম্নবগী ভাব ওইনা লৌবগী ৱানি। মফমসিদা 'বাৱ' হায়বা ৱাহৈসি অতোপ্পা অর্থ অমস্থ ফোঙদোকহল্লি। ধর্মগী পূজাদা মশীং তৱানীথোই থোৱা অর্থ লৈহল্লি। সূর্যদেবতাশিংগী (আদিত্য) মশীং তৱানীথোই শুই।

ধর্ম মঙ্গল কবিতাশিংদা লাউসেন্না তৌখিবা থৌদোশিং শীংথাতুনা ইৱি। মসিগী বিষয় বস্ত মথং মথং নাইনা ফুঙ্গাৱারীশিংদা য়াওৱিবতুগা মান্নৈ অমস্থং মৱায়গী বাংলা

---

৭ ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা য়াওবা হরিশ্চন্দ্র-শুন: শেপকী ৱাৱীগা মসি॥ ৱাৱীসিগা য়ান্না মান্নৈ।

৮ বৌদ্ধ তান্ত্রিককী ধর্মগা চৎনবী 'বজ্রভাক' কা মসিগা চাংদয়বা য়াই।

সাহিত্য ॥ অহানবা হৌগৎলকপা মহাকাব্য॥ য়াম্না নকবা শ ক অমা ওইরি। মতুংগী মচাক্না অমসুং শাগৎলকপগী থুৎইগা শঙক্না য়াম্না লিরবা কবিতাশিং য়াওইদি হায়রবু মথোয়শিং অহু ১৭ শুবা শতাব্দী ॥ ময়ায় অহুরাইদ ॥ হেন্না লিরবা মতমদা ইরম্বদি নত্তে। মনসা অমসুং চণ্ডীগী পূজাদা তঙাইফত্রবা হৌনবী ওইনা মনসামঙ্গল অমসুং চণ্ডীমঙ্গল মতম অমদা থীনরম্বগুম্না ধর্মগী চহী চহীগী ইরাৎ পূজাদা ধর্মমঙ্গল থীবা হায়বসি হৌজিক ফাওবদসু চৎনরি। মনসা, চণ্ডী অমসু ধর্মবু শৈথাদুনা ইবা 'মঙ্গল' হায়না কৌনবা কবিতাশিং অসিগী সাধারণ ওইনা মাম্নবা মতৌ হায়ববু ৱারীগী ওমথৈ তানবদা য়াম্না শাংনা ইবা অমসুং ঘটনাশিং পুম্নমক পুরিংদা থুক লাউবা হেক্না পোকহনবা অসিনি অমসুং মথোয়শিং অসি অরোইবা পূজা কৎকদোবা তুমিৎকী মমাঙগী অহিং নোংশোইবা শক-শোন্দুনা লোইথোকনৈ। মরম অসিনা ৱারী মশাগী অসিগুম্বা শকশিং অসিবু 'জাগরণ' ( অহিং নোংশোইবা পূজা তৌদুনা লেনবা ) হায়না থঙনৈ। বৃন্দাবনদাসনা অস্নমা হায়, 'মী পুম্নমক অহিং নোংশোইবা মিশেল থাঙদুনা মঙ্গল চণ্ডীগী ঈশৈ তারম্মী।' ধর্মমঙ্গলগী ৱারীসি অসিনি—

কর্ণসেন গৌডগী নিংথৌগী মথাপোম্না পাল্লমবা নিংথৌনি। মাগী কোন্থং রমতি ( রামপালনা শেমগৎথিবা রামাবতী ) দা ওইরম্মী। মফমদুদা লৈবা খালাশিংগী ( শঙ্গেনবনা হিংননবগী মশিঙ্গাং ওইবা কাংবুগী ) লুচিংবা সোমঘোষ অমসুং মাগী মচা ইছাই মপাঙ্গল যাম্না কনখৎলকলম্মী অমসুং মথোয়না কর্ণসেনগী লৈবাক মুনখিরম্মী। কর্ণসেন অমসুং মচানুপা তরুক্না লান্মীগী মতেংগা লোইননা মরৈবাক হঙ্গিননবা হোৎনরম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী শাগৈগী লাই শ্যামরূপনা ( চণ্ডী ) ইছাইবু কনবিথিবনা মহাক্না লানবা পাবা মথোয় ঙমখিদে। কর্ণসেনগী মচা তরুক অমসুং মহাক্কী মুপী মথরায় থাখিবম্মী অমসুং মহাক মায়থিরম্মী। গোড়িগী নিংথৌনা মহাকপু চঙজফম পীথিরম্মী অমসুং মহাক্কী মনাউমুপীবু লুহোংদুনা মঙোন্দা পীরম্মী। নিংথৌসিগী মবাই মাহুত্তব ( নত্ত্রগা মাউদিয়া ) মাগী প্রধান মন্ত্রীসু ওইরিবসিনা মচনবু অসুম্না থাজবসি পামলমদে। লুহোংলবা মতুংদা কর্ণসেননা মাগী নহা ওইরিবী মুপী রঞ্জাবতীগা লোইননা ময়নাজাড় কৌবা থা মায়কৈদা থাম্না লৈবা অউনপোৎ ওইনা মথোয়দা পীথিবা মফম অসিদা চৎথিরম্মী। কর্ণসেন য়াম্না অহল ওইবদগী মচা থাম্না পাম্নবগী শক্তি লৈরমদে অহুবু মথোয় মতৈ-মনাউ অনীমক মচা নুপা অমত্তংদি পোকনিংলম্মী। মহাক্কী অহল ওইরবী মোকচবীনা হায়বগী মতুংইন্না রঞ্জাবতীনা অকনবা সাধন তৌদুনা ধর্মবু পেলহল্লম্মী। ধর্মগী থৌজান্দগী মথোয়গী লাউসেন কৌবা মচা অমা পোকলম্মী। মাহুত্তানা মহাক্না য়াদবা লুহোংবসিদগী মচা

অমা অস্পন্না পোকপসি পামলমদে। মহাক্না লাউসেন্দা তৌখিবদু কংশনা মমাক স্থপা কৃষ্ণদা তৌখিবদুগা চপ মান্নে। মাহুক্তানা লৌনম চাউরবা হুরানবা কয়ামরম অঙাং অদুবু হুদুনা পুররবা থাখিরম্মী তৌইশুম্বস্তং মথোয় পুন্নমক শাথিনা চোপখিরম্মী। অঙাং অদু মতম খজিক্তং মাঙলুবদা রঙ্গাবতী খাঙফম খঙদনা রাখিবদগী ধর্মনা কর্পূরধবল কৌবা অঙাং অমা মতম থরা মচাগী মহুৎ শিনবা ওইনা থারকলমী। অঙাং অনী অসি রাম লক্ষ্মন নত্রগা কৃষ্ণ বলরামগা তৌখিবদোনা পুন্না হৌমিন্নরকখি। লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইরবদা অমসুং শস্ত্রগী অমসুং লান তৌবগী অরুবা কাঙলোন খঙলবগী তুংদা লাউসেন্না মহাক্কী মহৈ-মশীং মথোনা উংন্নবগীদমক গৌরগী নিংথৌগা উননিংলমী। মচিন মনাউ অনীমক অরাং থংবা মায়কৈদা চপচানা লৈবা কোক্সং লৈরিবা শহরদু তম্না লাকলমী। লাউসেননা মহাক্কী থৌনাযবগী থৌদোকু চাং য়েংননবগী তাঞ্জা অমা জালন্দরগড় ( জালন্ধর? ) দা থেংনরমী। মফমদুদা কৈ অমনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ, মাগী ইমুং মচুং অমসুং প্রজা মীয়াম পুন্নমক তরা হাৎলমী। লাউসেননা কৈদুবু হাৎলগা মফমদু মী তাবা য়াহল্লমী। মথংদা থুংথিবা তারাদীঘিদা লাউসেননা মফমদুগী পাক্তা লৈবা অকিবগী মশক যংলবা গুন্তীর অমা হাৎলমী। অদুগী তুংদা মচিন মনাউ অনীমক জামতি হায়বা বারুইশিংগী ( পানা মনা থাবা কাংবু ) লানবন ওইরিবা মফমদুদা য়োরকলমী। স্থপী অমনা লাউসেনগী মফমদা নত্তবা শাজৎ-চৎনবা হায়জরমী তৌইশুম্বস্তং মহাক্না য়ারমদে। মহাক মচিন চৎপা ইমুং অমগী স্থপীনি। মহাক্না লাউসেন্না মহাকপু থেম্মী হায়জিন্দুনা ফাহল্লমী। তৌইশুম্বস্তং ধর্মনা ঙাক-শেল্লিবা মী অমবু কইনা ফাদুনা থম্বা ঙমলমদে। লাউসেননা মাগী মথংদা থুংথিবা মফমদি সুরিক্ষা কৌবী ওক্তবী স্থপী অমগী লৈফম গোলাহাট হায়বদুদনি। মফমদুদা লাকপা নহা পাথং পুন্নমক স্থপী অসিগা পাথোং চন্নদুনা শীংনবা তারম্মী। স্থপাদুনা ঙমগা স্থপীদু মহাক্কী মথা পোনবী ওইগনি, ঙমদ্রগনা মহাক স্থপীদুগী মীনাই ওইদুনা ফাদুনা থমগনি। লাউসেন্না মঙোন্দা চন্নকপা পাথোং পুন্নমক্কী অচাবা পাউখুম পীরমী তৌইশুম্বস্তং ইরোই লোইবা পাথোংদুমদি মহাক ফোঙবা ঙমলমদে। অরোইবা পাথোঙদু অসিনি,

কামরূপকী কাম চণ্ডীনা কামতাদা লাকলে, হায়মু য়েংসি করম্বা হকচাংগী শরুক্তা স্থপীগী রস হায়বদু লৈবগে ?

মসি লাউসেন্দগী নত্তনা ধর্মনচিংবা অতৈ লাইশিংগী মফমদস্তু অরুবা পাথোং অমা ওইরমী। মসিগী অচুম্বা পাউখুম চণ্ডীতনা খঙলমী। হৌজিক চণ্ডীনা লাউসেনগী মতেং পাংবিররে অমসুং মথাগী অচুম্বা পাউখুমসি তাকপিররে।

নত্তে মসি শা, নত্তে উচেকসু, য়েক্কম মঙ্গল্দা লোত্তুনা লৈবা জীবগী মতনি। চুমতা য়েংলকপদা ঙম্মী হাৎপা মহাক্না অহুবু পান্দে মথুৎ, পান্দে মখোঙ মহাক্তি। উই মানা পুন্নমকপু, অহুবু ঙমদে উবা মশাবুদি। মতোন ইরোম লোম্বদা মসিগী তৈরি সিন্দুর, থা ইথং থংবদনা কাজল। তনীক তনীকই পিরাং মরীকুম। লাক্নে কামতাদা কামরূপকী কাম চণ্ডীনা। কাইথোক্লগা হকচাং কায়াৎকী শরুক নিপান লৈবনি হুপীগা রস মাগী ওইথংবা মিত্তদা।

পাউথুমসি হেক তাবদা স্বরিক্ষা মায়থিরে য়াজরম্মী।

গৌড় য়োৎরকপদা মাগী মাম্মনা লাউসেনবু অয়েৎ-অথিং কয়া পীরম্মী। অস্তুম তৌনা তৌনা মহাকপু নিংথৌনা য়াবিথিবম্মী অমসুং মমুমদা হংঙাইনা হল্লক্লম্মী। মহাক্না ফংলকপা ওইজবা হাযববু কালু ডোম অমসুং মাগী মচা লখিয়াগা মরূপ শান্নরকপা অমসুং মহাক্না হায়জবদা মখোয়না হয়াদ মযাবীবা অসিনি। মখোয় অনীমক মাগা লোইননা ময়নাগডদা লাকমিন্নহনা মফমতুদা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসু লাউসেনবু মতম শাংনা চিক্লা ইংনা পানবা ঙমহনখিদে। মাহুত্থানা মমাক হুপাহুবু নমথনবা মরৌ লৈবা থৌরাং কয়া লাঙলম্মী। মহাক্না ইনশিনবদগী নিংথৌনা লাউসেনবু কামরূপতা লান্দাক্নবা থাখিবম্মী। লাউসেন্না কামরূপকী নিংথৌবু মায়থীবা পীরম্মী অমসুং মাগী মচানুপা কলিঙ্গবু লুহোংহনা লোবম্মী। ময়ুমলোমদা হল্লকপদা মহাক্না নিংথৌগী মচানুপী অনী, অমলা অমসুং বিমলাবুস্ত মাগী লুপী ওইনা লৌরক্লম্মী।

মতম খরা লৈবগা নিংথৌ হরিপালগী সভাদা চংতুনা গৌড়গী নিংথৌগী-দমক মাগী চংগোলবী মচানুপী কানড়াব হায়কনবা লাউসেনবু থাখিরম্মী। রাজকুমারী অসিদি চণ্ডীবু নাংচবীনি। মাগী মনাইনা মতিক চাদবা লুপাগী মফমদা লাইথুংদনবগীদমক চণ্ডীনা যোৎনা শাবা শামুগঙ্গা অমা পীবম্মী অমসুং শামুগঙ্গা অসিগী মকোক থাডহাই অমুক্তা ককপা ঙম্বা লুপাহুগতা মহাক লুহোংগদৌবনি হায়না তাকপীবম্মী। কানড়াগী য়োকচবী অমসুং মনাইস্নবী ধুমসীবুস্ত লাইরেম্বীসিনা লুনা তৌরম্মী। লাউসেননা হাযরিবা থৌদোক্ত পাঙথোক্লম্মী অমসুং কানড়াবু মহাক্কী ওইনা লৌরম্মী। মতম খরা লৈরগা মাগী মচানুপা চিত্রসেন পোক্লম্মী।

অসিগী মতুংদা মপাগী থায়নগী যেক্লবশিং সোমঘোষ অমসুং ইছাইবু লাকশিন্নবা লাউসেন্দা য়াথং পীরম্মী। ইছাই চণ্ডীগী য়াম্না চানবা মনাইনি। লানফম অসিনা ধর্মবু ইনাৎপশিংনা চণ্ডী লাৎপা নাংবুবু ঙমখিবগী অবোইবা থোঙফম ওইরম্মী। কন্না লান শোক্লবগী তুংদা লাউসেন্না ইছাইবু হাৎলম্মী। খরা লৈরগা

অকনবা নোং-মুংশিংনা গৌড়বু মাঙ-তাকহল্লিবা অসিদগী কন্নবা লাউসেন্দা হায়-রম্মী। ধর্মনা চানবিবদগী লাউসেননা মচুমক পাঙথোক্লম্মী। অসিগী তুংদা মাহুত্তানা মমাক হুপাবু তাম্থোক্লনবগীদমক শরো শীল্লম্মী। ধর্ম কৌবা সূর্যদেবতাগী অচানবা মনাইনি হায়না ময়াম্না হৌজিক শকথঙনরক্লবা লাউসেন্দা নোংচুপ্লোমদগী হুমিং থোকহল্লু অমসুং মচু ভমথ্রবদি মাবু হাৎকনি হায়না য়াথং পীরম্মী। অদুতা নত্তনা গৌড়দা ফাদুনা থমলিবা মহাক্কী মপা মমাসু হাৎকনি অমসুং মন্নন-মথুম পূম্বসু মৎকনি হায়নসু হায়বম্মী। মাগী মমাগী অহল ওইরবী যোকচবী, ধর্মগী থ্‌াই-দগী অচানবী মনাই ভক্ত সামুলাগা লোইননা লাউসেন্না ধর্মগী তীর্থস্থান ওইরবা বল্লুকা তুরেলগী তোর্বান তান্না চত্তুনা মতম কুইনা অকনবা তপস্যা তৌবম্মী। লাউসেন অমসুং মপা মমা লৈত্রিবৈংসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মাহুত্তানা ময়নাগড়দা লান্দারম্মী। কালু ভোম অমসুং মাগী মচাহুপানা হুপাথোক্লা লানবন্দু ঙাক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মমৈদা মথোয় অনীমক তুথিরম্মী। কালু লৈখিদ্রবা মতুংদা মাগী হুপী লখিয়ানা অমুক লানবা পাবম্মী অমসুং মহারা তুপ্লবদা রাণী কলিঙ্গনা লান্নীশিংগী লুচিংবী ওইদুনা লান তৌরম্মী। মহাকসু লানফমদা তুথিরম্মী। সিগী তুংদা কানড়া অমসুং মাগী অহল ওইরবী য়োকচবী ধুমসি মথোয় অনী খুৎলাই পায়দুনা লান য়ান্নরম্মী অমসুং মথোয়গী হনবা নাইদ্রবা মথৌনানা মাহুত্তা অমসুং মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোলবু মফম-তুদগী তাম্থোকখিরম্মী।

লাউসেন্না মতম শাংনা ফনা কন্না ধর্মগী মফমদা তপস্যা তৌদুনসু নোংচুপ-লোমদগী হুমিং থোকহনবিয়ু য়াখিদে। মমৈথংদা সমুলানা মঙোন্দা মশাগী মকোক ককচবগা ধর্মদা কৎথিবা যজ্ঞগী কুণ্ডদা অরোইবা অথ ওইনা কৎলো হায়না তাব-পীরম্মী। লাউসেন রা অসিদা করিসু চিংনরমদে, অমসুং অযেংবা মী পূন্নমকপু অরাবা ঈপাক্তা তাহন্দুনা মহাক্লা মশাগী মকোক ককথৎচরম্মী।[১] অসিগুম্বা মশা কথোকচবগী হাযনিংঙাই লৈত্রবা থৌদোগু উবদা ধর্ম তুমিন লৈথোকপা ঙম্মদে। মহাক্লা নোংচুপলোমদগী হুমিং থোকহল্লম্মী। অসিগুম্বা অঙকপা থৌদো অসিগী সাক্ষী অনীথক লৈরম্মী, অহল ওইবী যোকচবী সামুলা অমসুং ঢল মৈবা হরিহর। লাউসেন রমতিদা হল্লক্লম্মী তৌইগুম্বসুং মাহুত্তানা মাগী রাদু থাজরমদে। লাউসেনগী মীচংনি হায়দুনা সামুলাবু থাজবা য়াদবা সাক্ষীনি হায়না ইরাই নাওনা মরা লৌরমদে।

১ থম্মোয় শোক্লা কপ্পরকপদগী থৌদোক অসিবু 'হাকন্দ' (সংস্কৃতকী আক্রন্দ হায়বা রাহৈসিদগী লৌদুনা) হায়না খঙনখি। অসিগুম্বা অরোইবা খোঙফম ওইবা মতাংসিবু 'হাকন্দ পালা' হায়না কৌনখি।

মহাক্না হরিহরবু মিনম্বা ঙাংননবা হোৎনখি অদুবু অরেম্বা তাখি। হরিহরনা নোং-চুপলোমদগী হুমিং থোকখিবগী য়াদু অচুম্বনি হায়রম্মী। লাউসেন অচুম্বা তৌবগী মহে চারম্মী তৌইগুম্বমং হরিহরদি অচুম্বা ঙাংবগী মথাই থাবা তারম্মী। লাউসেন মপা মমাগা লোয়ননা ময়নাগড়দা হল্লকপদা মফমতুগী মী কয়াম্নকুম হাৎখিরমলে হায়বা খঙলম্মী। তৌইগুম্বমং ধর্মগী থৌজান্দগী মথোয় পূম্নমক হিঙ্গৎলকখি। অসিগী তুংদা মপুন্সি লোম্বা ফাওবদা লাউসেন মবা তপ্না পানখিরম্মী।

দেবী চণ্ডীগী মরমদা বর্ণন তৌদুনা ইবা কবিতাশিং (চণ্ডী মঙ্গল হায়না কৌনবা) অমগা অমগা মরী ফাংনদবা য়াবী অনীথক যাওই। অহানবগীসিনা লিবা হেল্লি। মসি কলিঙ্গদগী (অর্থাং নোংপোক উরিষ্যাদগী) হৌরকখিবনি। দেবী অসি মফম-শিং অসিদা উমংগী শা-ঙাশিংবু ঙাক শেনবী উমং-লাইরেম্বী ওইনা লৈরমী অমম্নুং উচেক য়ারা অমম্নুং শা তান্দুনা হিংনবিবশিংনা (ব্যাধ কাংলুপনা) লাৎনরম্মী। অনীশুবা য়ারীসিনা মহৌশাগী চৎনবী ঙাল্লা ই। মসিগী মরু ওইবা নায়ক মচিন চৎপা লল্লোনবা শুপা অমনা ওই অমম্নুং মংাক অমম্নুং মহাকী মচাবু মতমদুদা সমাজগী অর্থাংবা থাক্কী মীওইশিংনা ইবাৎ পূজা তৌনব্রিবী লাইরেম্বী অসিনা নমদুনা মঙোন্দা ইরাৎ জা তৌহনবগী য়ারীনি। য়ারীসিদা লাইরেম্বীসি লম্মাংনরবা শা অমম্নুং মীশিংবু ঙাকপী শেনবীরিবী দেবী ওইনা থম্মী। অহানবগী য়ারী অথোই অহেন থরা নাইরবগু ফুঙ্গা য়াবীগী ওইবা ইচম চম্বা মওংদোনা ই। অনীশুবা য়ারীসিগী খুৎইনা থরা লুনা ই। অরিবা অমম্নুং অচম্বা মওংগী খুৎইসিবু ব্রতকথা কৌই।[১০] অনীশুবা য়ারীসিগী থোইদোকপা মতৌ অমদি সমুদ্রগী ঈপান লাইজথক্তা ফুগায়না শাৎলবা থম্বাল অমদা ফমদুনা স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম চঙথোল্লবী লৈশাবী মচা অমনা শামু অনীথক অমুক য়োৎ অমুক ওথোক তৌরিবা অঙকপা ঘটনাগী দৃশ্য অমা য়ং-ও-রিবসিনি।[১১] মসিবু উরুবা নায়ক অমম্নুং মাগী মচানুপানা মসিগী য়া হায়দোক-লুবদগী অমাং-অতা কযা নংলম্মী। লল্লোনবা কাঙবুশিংদি থম্বালথক্তা ফল্লিবী, শামু অনীনা মকোকথক্তা ঈশিং চাইথত্তুনা অভিষেক তৌরিবী (গজলক্ষ্মী) কমলা (লক্ষ্মী) গী ভক্তমকনি। থাজনবগী মতুংইন্না হুংশিনা ঙাকর্ণগদোবী লাইরেম্বীনা থাজনবীগী খুদম ওইরিবা (?) শা অসিবু চানবীবগী মহুত্তা য়েন্নবগুম তাখি

---

১০ ব্রতকথা হায়বসি য়ুমগী হুপাশিংনা য়ুমদা ইরাৎ পূজা তৌবদা ব্রাহ্মণশিংগী মতেং য়াওদনা মরম্লাই থিবা তেম্না ইবা শৈরেং অদুবু খঙনৈ।

১১ মসিগী অঙকপা দৃশ্যসিবু 'কমলে কামিনী' হায়না কৌনৈ।

তাওইনবা থোৌদোসিবু চণ্ডীনা মখোযদা অস্থম্না উহল্লিবসি মখোয় থ্বাইদগী মরাইবক থিরবনি।

অহানবা ব্রারীদা ইরিবনা যাম্না তোল্লবা উচেক কাপ্পা ইমুং অমদা লাইরেম্বীনা মচাক-মরন পীবীবগী মরমদনি। কালাকেতু কলিঙ্গগী উমং-ব্রামং অমস্তং লঙ্কাং-তুহাংদা শাদান্দুনা হিংলম্মী। মাগী নহা ওইবিবী স্থপী ফুল্লরানা কৈথেন্দা শতুম অমস্তং শউন য়োল্লম্মী অমস্তং যম যমদা চঙতুনা হাযরম্মী, অমস্তং মসিদগী ফংজ-রকপা থরতুনা মপুরোইবগী স্থংঙাইনবগীদমক হোৎনজরম্মী। কালাকেতু॥ শা-উচেক হাৎপদা তমথিবা শাজৎ অমস্তং হৈশীংলবা লাংথাক অসিদা কলিঙ্গগী উমং-ব্রামং-শিংদা লৈরিবা শা-ঙা পূম্নমক মিপাইনবম্মী। মখোয মাম পুল্লপ পুন্না চণ্ডীদা মখোয়বু কনবিনবা হায়জরম্মী অমস্তং চণ্ডীনা মখোযদা লংদা থুদনবা অমং২ মা॥ খুৎলাইনা শোক্তনবা শক্তি পীরম্মী। কালাকেতু গৌভিক তৌকম থঙলমদ। স্থমিৎ নীনি থংন-থংননা মহাক শা অমত্তা ফাবা ফংলমদে, হযিং যাওবা ফারমদে। হুম্নি চনবদস্থ কবিমত্তা ফংলমদে, তৌইগুম্বস্থং মহাক্না মযুমোমদা হ কপদা মহান্না স্থমিৎ-তুগী শা তানবা হেক হৌবকপদা থেংনথিব যাইঙং মচুগী চাউরবা চুম অমা অমুকস্থ উরম্মী। নীংবা কাযবদগী অহ-কত্ত থল্লুদনা মহান্না শাহ্ন ফারগা মযুমদা পুরক-লম্মী।[১২] ইনা কুপ্পা মাগী থুমগী উথাকতেন অমদা শাহ্ন পুনশিন্নগা কালাকেতু মা॥ স্থপাবু থিবা থোক্লক্লম্মী। মহান্না চৎখ্রিডৈসিদা চণ্ডীনা ওইথিবা চুম অসি শক-চুদা শুমহৎনিংঙাই ওইনা ফজরবী স্থপী অমা ওইবক্লম্মী। ফুল্লবা যুমলোন্নবা অমদগী চেঙ পুরুবনি। মযুমদা হক্রকপদা নীংথিনা শেৎ-চারবী অমস্থং হাযনিংঙাই লৈতনা ফজরবী লৈশাবী মচা, ব্রাহ্মণা মানবী অমা যুমগা থোঙজিনপান্দা ফমতুনা লৈরম্বহ্ন উবদা মহাক পুমডক ডক্লম্মী। মহান্না হঙঙবদা স্থপীমচা অসি মাগা মপু-রোইবনা পুরকপনি অহুবু মহাক যুমতুদা মখোযগা নাওা লৈরগনি হাযরক্লম্মী। অঙম্না ঙাংনরিডঙ কালাকেতু মযুমদা হক্লক্লম্মী। ফুল্লরা অহানবদা মপুরে হববু য়াম্না থিনা শাউরম্মী, অহুগী থুংদা মাগী মপুরিংগী ব্রা পূম্নমক স্থপীমচাহ্নদা তেংনা হাযদোক-

---

[১২] মসিগী থোৌদোসি য়াম্না হৌনদবনি মরমদি যাইঙং মচুগা চুম হাযবসি কালাকেতুগী বংশগী নামুংনবা শানি। কোনারক্কী মন্দিরগী মপান্দা লক্ষ্মী অমনা শগোলগী চুপ্নি পায়রুনা অমস্থং চুম অনী য়েকপা চুঙ্গোই যাম্থতনা শাবা মূর্ত্তি অমা লৈ। মুকুন্দরামগী কাব্যদা কালাকেতুগী শক্তম তাকপদা য়াওবিবহুগা মূর্ত্তিসিগা চপ চানৈ।

লম্মী। অস্ময়া প্রাংবনা কাম্নরক্তুনা ইমুংতুগী অবা-অনংগী রারী মহান্না খণ্ডজব-মশৃথ ত্রিং। লীরম্মী। অসি ফাওবদা দপীতুনা করিমক্তা নাচুংদুবদা কালাকেতু শাউরম্মী। দপীতুব হাৎনবা শেম-শাবম্মী। মতু উবদা লাইরম্বীতু নীংগ্রমলকথিদে। মইত-মনাউ অনাদগী মপুকচেল শেংবত্ত উবদা মংাক পেনবীরম্মী। মহাক কনানো হায়বা অশেংবা মশক মংগাদ তাকপীরম্মী অমসুং মহাকপু ঙা ত্রো হাযবিরম্মী। মহান্না য়ুমগী দলিংগী মগাঢ়া কালাকেতুদা মমল যাম্নবা খদোপ অমগা অমসুং অরাৎপা সনা মংম অপীব। অমগা পীতুনা মাব দুংচাই যাইফবা মী অমা ওই-হম্মী। অসমা ফংলকপা শেন অসিনা মহান্না কলিঙ্গগী লম্বাং ওইনা লৈরিবা লম খবা খোপচিং গা শুক্ববাই হাগনা মতিং থোন্দনা মাগী কোকং শেমগৎলম্মী। নোংপোক অমসুং খা নোংপাক্কী লমদমশিংদা ইশিং-ইচাউ নংলবা মী ওইশিংনা হাযরিবা অনৌবা শেমগৎলকপা লমদমসিদা লাকনা খন্দাবম্মী। নৌনা খন্দাররিবশিং অসিগী মবক্তা ভাঁদদক্ত কৌবা যাম্না তৌ দ্বগা মীশক অমা যাওবরুম্মী। মহান্না দানোন-বশিংগী মবক্তা থরা নংবা কাণ্ডবব ওৎ-নৈবগীদমক মহাকপু ফাতুনা কালকেতুনা মতিক ওকপা দশ্বি পীবম্মী। মসিগী লমন শীংননবগীদমক ভাঁড়না কলিঙ্গগী নিংথৌদা কাল-কেতুগী মথক্তা লান্দানবা ইনশিম্মী। কলিঙ্গ নিংথৌনা লান্দারক্তনা কালকেতুবু মাযথিবা পীরম্মী অমসুং ভাঁড়না লৌনম তৌবদগী ফাস্ফারম্মী। মথংগী সুমিক্তা হাৎননবগীদমক কালকেতুবু কৈশুমশগ্রদা থমলম্মী। অবাইবা তাঙ্গাসিদা লাইরেম্বীনা মাগী মীচং চণ্ডবীবম্মী অমসুং মমচদা লাকনা নিংথৌব কিহলম্মী। নিংথৌনা খদক্তা কালকেতুব থাদোরম্মী অমসুং অচৌবা লাইশঙ শাতুনা চণ্ডীবু ইবাৎ ঙা তৌবা হোদোকখি।

অনীশুবা বাবীগী নাগক ধনপতি উজ্জযিনীগী যাম্না ইনাক খনবা লল্লোনবা অমনি। মাগী দুপী মচা পোত্তবদগী খ না কৌবী নহা ওইরিবী অমসুং চণ্ড-খোল্লবী লৈশাবী অমগা মহাক অমক লুহোংলম্মী। মহাকী দপী অহল লহনা ফক্তবী সুপী নৎলমদে নৌইশুমং মহাক মাগী মনাইদুপী তুর্বালা হায়বী মবেম্মগা অতোপ্পা দুপী অমগা লানবা পাম্নতুনা তুরোম্নবা পামজদবী অতুগী মরা ইন্দবদি ভ্রমলমদে। লুহোংবা মতুং ইকুই কইদনা ধনপতি লংনবগী থবকীদমক লংফদা চৎথিরম্মী। মপুরোইবনা য়ুমদগী চৎথোকখিডৈ মরকসিদা খ নাবু যাম্না ওৎ-নৈবীবম্মী। তুর্বলাগী মরা ইন্দুনা লহনা মাগী লোম্নবীতুবু সহবগী মপান্দা লম্বাং-তুহাংদা হামেং শেল্লু-নবা থারম্মী। নোংমা হামেং অমা মযাম মরক্তগী চথোকখিরম্মী অমসুং খুল্লনানা হামেংতু মাঙগ্রে নীংলম্মী। মসুমদা মসিগীদমক তৌরমগদৌবতু খল্লুবদা মহাক মথ্বায়

য়াম্না রারম্মী। চণ্ডী দেবীনা ভৌফম খঙদ্রবা ম্নপীমচাতুগী অবাবত্ত উবদা ম্নংশি-বীরম্মী অমসুং মহাক্কী লোইনবী নিপান্দুবু (বিদ্যাধরী) মাবু মত্তেং পাংবীরুনবা থাবীরক্লম্মী। মখোয়না খুন্ননাদা ঈশিং চোম্না হাপ্লবা ঘট চফু অমদা নাপী মকা নিপান অমসুং ফৌ মরু নিপান কত্তনা দেবীবু জা তৌ হাযনা তাকপীরম্মী। খুন্ননা মফমত্তমক্তদা চণ্ডী দেবীদা হাযরিবা জাসি তৌজরম্মী অমসুং মাগী মাঙথ্রবা হামেংত্ত ফংলম্মী। লল্লোনবা ধনপতি ময়ুমদা হল্লক্লবদা ইথংত্ত মরা তপ্না পাম্রম্মী। তৌই-গুম্বসুং মাগী নহা ওইরিবী ম্নপীত্তবু মহান্না ময়ুমদগী চৎথ্রিভেদা হামেং শেলহল্লম্মী হাযবা তাবদা ইমুংত্তু মরা মরা তপ্না পানবা যারমদে। খুন্ননাগী মরমচত্তা মহাক করিমত্তা চিংনবমন্দ তৌইগুম্বসুং মাগী সমাজ অত্তুগী মীওইশিংনদি মত্তু থাজরমদে অমসুং মহাক্কী মরমচত্তা অমকপা অমত্তা য়াণদে হাযবত্ত সমাজগী মহুৎ শিনবা সভা অমগী মমাঙদা অকনবা পরীক্ষা লোবা তাবম্মী। চণ্ডীগী থোজান্দগী খুন্ননানা অকনবা চাংযেংশিং ম্নমক্তা মমায পাকখি।

থবা লৈরগা ধনপতি অমুক হন্না সিংহল লৈবাক্কী বন্দর অমদা লল্লোন থবক্কী-দমক চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎলমদাইদা মহাক্কী ম্নপীনা মহাকনা অশোই-অঙাম যাওদনা চৎখিনবা অমসুং ময়ুমদা হন্নরবা চণ্ডী জা তৌবা থেঙনবম্মী। ধনপতিদি শিববু যাম্না থাজবা ভক্ত অমনি। মহান্না মানা ম্নংশিজরবী ম্নপীনা মতৌদা মমান্নবা লাই অমা জা তৌরম্বত্তু উবদা যাম্না শাউবম্মী অমসুং অশেংবা ঈশিং যাওববা ঘট চফুত্তু মখোঙনা কাউবম্মী (মনসামঙ্গলগী রারীদা চাঁদোনা তৌখিবদোনা)। অসিগুম্বা থোইচৎ-রাংচৎনবা শাজৎ অসিগীদমক মহাকপু য়াম্না হক্লবা পাডা অমা তম্বীগে হায়না চণ্ডীনা লেপখিরম্মী। মতম থরা ধনপতিগী থোঙচত্তা অকায-অতোই যাউরমদে। তৌইগুম্বসুং সিংহলগী তোর্বান যৌরক্কদবা থরতা মঙাইরক্লবা মতমদা লাইরেম্বীসিনা মঙোন্দা সমুদ্রগী ঈশাকথক্তা থম্মাল অমদা ফম্নগা শামু অনীথক অমুক য়োংশিন অমুক হন্দোক তৌরিবা অঙকপা মতৌ অত্তুবু উহল্লম্মী। থোঁদো অসি মাগা চৎ-মিম্নবিবশিংদদি উহল্লমদে। বন্দবদা থুংলগা শেন্দোং চাউনা য়াওবা লল্লোনপোৎকা মহাক্না পুরকপত্তুগা ওম্ষোক-ওনশিন তৌরম্মী অমসুং নিংথৌনা মহাকপু নিংথিনা ওক-পীরম্মী। হৌজিক মহাক্কী মরাইবক থিবগা মতম লাক্লে। মহাক্না নিংথৌদা মহাক্না উরকপা লৈশাবী মচা অমনা সমুদ্রগা মথক্তা শামু চাবগা রারীত্তু লীরম্মী। থাজফম থোক্তবগী হৌনবা নিংথৌনা মাগা রাত্ত থাজরমদে। মহাক্না কন্না তক্লবদগী মহাক্না লোয়ননা থোঁদোত্তু য়েংবা সমুদ্রদা চৎসি হায়না নিংথৌনা য়ারম্মী। তৌইগুম্বসুং দৃষ্টত্তুদি অমুক উবা ফংলমদে। নিংথৌনা ধনপতিবু অপঙবা চিন্থিবনি হায়ত্তুনা মপুন্জি চুম্না কৈন্তমশঙদা হানখিবম্মী।

ধনপতিনা ময়ুমদগী চৎখিবা মতমদা খুল্লনাগী থোইজীথাদা মীতয়খিরম্মী। মসুং মতম ওইরক্লবদা মচাম্পা অমা পোক্লম্মী। মহাক্কী মমিং শ্রীপতি ( নত্রগা শ্রীমন্ত ) কৌরম্মী। মহাক কজরবা পাথং অমা ওইরক্লম্মী। তৌইগুবসুং মপানা লৈজিঙৈদো পোকখিবদগী মচা অশেংবরা হায়বসিগী চিংনবা অমা পোররম্মী। অমুম্না চিবোন চিবোন ঙাংনবসি তারক্লবদা শ্রীপতি মহাক অশেংবা মচানি হায়বত্থ প্রমাণ তৌন-বগীদমক মপাবু থিরুগে হায়না সিংহল তাম্না চৎলম্মী। মপানা খঙবদৌনা মহাকস্থ সমুদ্রদা চৎপগী অম্থম তৌই হায়বত্থ চহী কুনলোম খঙলক্লবনি। শ্রীপতিস্থ মপানা উথিবা দৃশ্য অত্থমক উথিরম্মী তৌইগুবসুং মহাকস্থ দৃশ্য অত্থ নিংথৌদা উৎপা ঙম-লমদে। মসিদা নিংথৌত্থ য়াম্না শাউথিরম্মী অমসুং মহাকপু অঙাং ওলহল্লু হায়না য়াথং পীরম্মী। শঙলীংবনা য়াথংত্থ পাঙথোক্কদৌবা ঙাইহাক্তা মঙাইরবা মতমদা শ্রীপতিগী মবেনবোক হম্মবীগী শক্তম লৌত্থনা লাইরেম্বীনা মফমত্থদা লাক্লম্মী অমসুং শঙলীংবত্থদা মগুম্পাবু কনবিয়ু হায়জরম্মী। মহাক্না য়াত্রবদা লাইরেম্বীনা মাগী হিং-চাবা ময়াম পুরক্ত্থনা নিংথৌ গী ঙাকশেল্লিবা ময়ামত্থবু চাইথাইরম্মী। অমুম্না কিহল্লবদা নিংথৌনা য়ানিং যানিংদনা শ্রীপতি অমসুং মাগী মপাবু কৈথমশঙদগী থাদোক্লম্মী অমসুং মচাম্পীবু শ্রীপতিদা লুহোংলম্মী। ধনপতি, মচা অমসুং মমৌ, মমল য়াম্নবা লল্লোনপোৎ হিবোৎ থম্না হাপ্তুনা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মসিদগীদি মহাক চণ্ডীবু ইরাৎপদা অমুক য়াদবা তৌথিত্রে।

খ্বাই মীয়াম্না লাৎনবা লাইরেম্বা লাইরেম্বীশিংগী মরমদা শন্দোক্লা ইবা কাব্যশিং অমম্বা শতাব্দীশিং অসিগী মরুংদা মওং লাকথিবনি। ( হাম্না লাৎনরম্বা ) লাই অমা লাৎনরিঙৈদো অতোপ্পা ( অনৌবা ) লাই অমবু অমুক লাৎপা য়াদবগী অমসুং অময়গা অমগা লোংথীনবগী ৱা ৱারীশিং অসিদা য়াউরি। মনসা গী ৱারীদা লিনগী লাইরেম্বী ইরাৎপগা চণ্ডী লাৎপগা অনীসি অমগা অমগা য়ানদবগী ৱা ইবি। লাউসেনগী ৱারীদা ধর্ম নীংবা ভক্তনা চণ্ডী নীংববু ওল্লম্মী। চণ্ডীমঙ্গল কাব্যগী অনীশুবা ৱারীদা চণ্ডীনা শিব লাৎপবু নমহৎথিরম্মী।

ময়াম় বাংলা সাহিত্যগী মতমদা ইবা ৱারীগী মওংদা ইবা কাব্যশিংগী মমিং শৈথারিবা লাই অত্থ গী মমিং লৌরগা 'মঙ্গল' অমসুং 'বিজয়' হায়বা ৱাহৈশিং হাপ-চিন্দুনা থোল্লি। 'মঙ্গল' হায়বসিনা য়ুমগী মুপীশিংনা যুম্বাল্লোনগী হৌনবী ইরাৎ পূজা হায়বদি লুহোং-কৈহোংবদা অমসুং চৎনবী বিধিশিং ঙাক্লা তৌবা পূজানচিংবগী মরমদা ইবনি হায়বা তাকই। অমরোমদা 'বিজয়'না পুরাণগী খুৎইগী হৌনবী ইন্দুনা

হায়বদি ভাগবত পুরাণ অমসুং মহাভারতনচিংবা 'জয়'[১৩] হায়না কৌনবা থুংইগী [illegible] অসিগী মওঙনি হায়বসি তাকই। মরম অসিনা কৃষ্ণগী অমসুং মহাভারতকী [illegible] অসিদু 'বিজয়' কৌবসি মতাংদা মখিংনি, অমসুং মঙ্গোয়শিংদি ইমাক-পূজা [illegible]মবগী ইবা শৈরেং মত্তে। 'মঙ্গল' অমসুং 'বিজয়' মখকী শব্দুশ্তা শনগ্রবা 'পাঞ্চা-লীকা' (নত্রগা 'পাঞ্চালী') হায়না হারৌগী কাব্যশিং জাৎ অসিগী মতুং চল্লি।

অসিগী কাব্য (গাথা) শিং সমাজগী কান্নব থক্কক পুথোকখিবনি। মসিগী মানি পুরাণ হারৌগী শৈরেং মরমদা হায়বদগাদি পূজাগী মরম থঙনবা ইবা শৈরেং-শিংনি মরমদা হায়বনা হেন্না চুম্মী। মসিনা তাক্লিবদি কাব্যশিং অসিগী ইবগী মতং অমসুং মতুংদা মাওবা মচাক সমাজগী লৈন্নবা পরিবেশকী ফিভমশিং অদুগা চাননবা [illegible]নি অমসুং মতুং অমুক মীয়াম্না শান্নবা মওংদা তাননবা শেমদোক-শেমশিন তৌদনি হায়বনি। শৈরেংশিং অসি ইমাক-কৈরাক থুনবা কমাঙবা অমনা শাংবীমকী ইমবু ওইরবসু নত্রগা অমবু ওইরবসু মীয়ামগীদমক্তি, থুনগী লাইগী ইরাৎ পূজা তৌবদা মিজিরিবা থুজা মমামতুগী হয়াও তাম্নবগীনি, হুপ্পগী শঙ অমদা লৈবা [illegible] কীওই থকী হুঙাইনবগীদমক্তা মত্তে। মরম অসিনা হারৌগী চরিত্রশিং পান্দতাইবা কোনবা মাবা ওইহনবা তাই অমসুং সমাজগী চৎনলোনচৎ অমসুং [illegible] পূরনক যাওহনবা তাই।

---

১৩ পুরাণগী মওংদা ইবা সংস্কৃত শৈরেংশিংগী অহৌবদা হাপ্লিবা মশক তাকপগী শৈরেংদা 'জয় জয়ম উদিরয়েৎ' হায়না হোই। মসিগা চাংকরবা য়াই।

তরুকশুবা শরুপ

# তরামঙাশুবা শতাব্দীদগী তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী ওয়াল্লিডৈগী মতম ফাওবা

রারী ওইনা ইবা কাব্যশিংগী মনুংদা মুসলমানশিং ফাওবা থাওনা মী পুন্নমক্না য়াম্না পাম্নখিবসি রামায়ণগী রারীসিনি। ভারত অমসুং ভারতকী মপানগী অতোপ অতোপ্পা লমথৈশিং অমসুং লৈবাকশিংদা অমসুং ধর্ম তিন্নদবা কাংলুপশিংগী মরক্তা রামগী মরমদা ইবা মহাকাব্যগী রারীগা মপুংদা অমসুং লৈতেং ওইনা হাপ্পলকপা মতাংদা থজিক থজিক থেন্নবা থাওরম্মী। বাল্মীকিনা ইবা রারী মশাদগীময়াম বাংলাগী মতমদা ইবা রারীগা থ্রাইদগী মরু ওইনা খেন্নরকপা মতাংদি সংস্কৃত্তা ইবা অদ্ভুত রামায়ণদা ইরম্বগুম্না সীতা রাবণগী ঔরসতগী পোকপনি হায়বসিনি। তরামঙাশুবা শতাব্দী লোইহিন্দ্রিডৌদা বাংলাদেশতা রাম নীংবগী ধর্ম। চৎনবী মরক্তা চেৎনা তাখিবনা রারী অসিগী মনুংগী মচাক অমসুং মপানগী কুযোম পুন্নমক ভক্তি ভাবনা মপুং ওইরম্মী। চৈতন্যগী তুংইনবা মরু ওইবা ভক্তশিংগী মরক্তা রাম নীংবা য়াওরম্মী। চৈতন্যগী প্রভাবনা অসুম অসুম কনথৎলকপদগী রাম নীংলবা কাংবুসু কৃষ্ণ পুজা তৌনরক্লম্মী। অসুম্না চথরকপসিনা তরানিপানশুবা শতাব্দীগী লোইরকপা অতুরাইদদি রাম নীংবগী ধর্মগী চৎনবীসি নোংচুপলোমগী রাম নীংবা কাংবুনা হেক হেক লাক্তুনা থুন্দারখিবা থা নোংচুপথংবা বাংলাদেশকী শরুক্তুদা চৎনখিরম্মী। অদুম ওইনমক ময়ায় বাংলাগী মতমগী রামগী রারী। শৈরেংশিংবু চৎনরকপী শৈশক্তা শরু-শোন্নরকপা অদুমদি মীযামগী মফমদা পাম্নবা অদুম লৈরম্মী। রামগী রারী অরিবা বাংলা লোন্দা নত্রগা লৌকিকতা ইরম্বা লৈতে হায়বসি অচুম্বনি। তৌইশুবসুং মশি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা রারী অমা ওইরম্মী অমসুং ভত্র সমাজগী মীওইশিংনা মসিবু সংস্কৃত লোন্দা (প্রাকৃত লোন্দসু) লীচুনা তাবা পাম্নখি হায়বদিদা কহিদবু চিংননীংঙাই লৈতে। নাটক লক্ষণরত্নকোষ ইধা বাঙ্গালী সাগর নন্দীনা (১৩০০ খ্রী মমাঙ) ইরম্বা লাইরিক্তা বাংলাদেশ অমসুং মনাক্তা তাবা লমদমশিংদা ইনরবা সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত লোনগী নাটক কয়ামক্তমগী মমিং পল্লম্মী। মথোয়শিং অসিনি মরুমদা রামগী রারী য়াওবা কয়ামরুম থেংনৈ। নাটকশিং অসিগী মমিংশিং অসি য়েংবদা মীয়াম্না পাম্নবদা রামগী রারীনা কৃষ্ণগী রারীদগী কহিমত্তা হেক্তমদে হায়বসি তক্লবা

ভন্বী অমসুং রাব্রী অসীসি পাণ্ডবকী অমসুং অতে পৌরানিক রারীশিংদগী হেন্না পাম্নরম্মী হায়রিসিহ তাকই। ১২ শুবা শতাব্দী অমসুং মসিগী মমাঙদগী হৌদুনা ১৮ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা কাওবগী মরুংদা শান্নদা বাঙালীশিংগী অনৌবা মুম-শাগী চেক্কী মন্দিরশিং অসিদগী য়েক-খোৎপগী শিল্পদসু রামগী রারীবু কৃষ্ণগী রারীগা চপ মান্ননা পাম্নরম্মী হায়রবসি খঙবা ঙম্মী। সাতগায়দা (সপ্ত গ্রামদা) নুংনা শাবা হিন্দুগী অরিবা মন্দির তেকথিবা মফমচুদা শাবা জাফর খাঁ গাজীগী কবরগী অমুবা নুংশিংদা রামায়ণ, ভাগবত অমসুং মহাভারতকী রারীশিংগী মতাং কয়ামকম হক্তুনা য়াওরিবচু উবা ফংই। মুংশিং অসি মন্দির শাস্ত্রিঙৈদা খুগাই-থ্রবসু লাইবক ফবদগী অহকপা খরদি খায়দোক্তুনা শেমগ্রবা নুং মপাকশিংচুদা অচুম য়াওহৌরি। হৌজিক য়াওহৌরিবা মতাংশিংচুদি মখোয় অসিনি— সীতাগী লুহোংবা, খর অমসুং ত্রিশিরগী লৈথা তারকপা, রামনা রাবণবু হাৎপা, সীতাবু বন্দা থাবা, রামগী অভিষেক, ভরতনা লৈবাক ঙাকপগী ভার লৌবা, চাহুরগী মায়থিবা, কংশ তুবা, বাণগা কৃষ্ণগা লান তৌনবা অমসুং ধৃষ্টদ্যুম্ন অমসুং দুঃশাসনগী লান।

বাংলাদা খ্বাইনা খঙনবা খ্বাইদগী লিবা কবিদি কৃত্তিবাস পণ্ডিত হায়বা শাগৈজাৎ ফরবা ব্রাহ্মণ (কুলীন) অচুনি। কবিগী আত্মজীবন য়াওবা অরিবা খুৎনা ইবা লাইরিক অমদগী ফংবদি কবিগী মবুধো পুরেন নরসিং হায়বচু নোং-পোক বাংলাদগী লাক্তুনা হুগলী (ভাগীরথী) তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্বান্দা তাবা ফুলিয়া খুন্দা খুন্দাবরঙম তৌই। মহাক নিংথৌ দাহুজগী সভাসদ ওই-রম্মী। কৃত্তিবাস মচিন-মনাউ তরুক্কী অমসুং মমা তিন্নদবা মচন অমগগী খ্বাইগী ইহন হনবনি। কৃত্তিবাস পোকপা মতমদা মপুবোক মুরারি উরিব্যারোমদা তীর্থ চৎনবা শেমশারম্মী। মরমসিদগী মপুবোক্না মহাকপু উরিষ্যাগী তীর্থস্থান অমগী মকোক ওইবা দেবতা শিবগী মমিং লৌদুনা মাগী মমিং থোল্লম্মী। চহী তরা-মাথোই শুরকপদা মাগী শাগৈ-নাতৈ খরা নিংথৌগী অচৌবা ফম পায়দুনা লৈরিবা মফম অরাং বাংলাদা মাবু থারক্লম্মী। লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইরবদা মহাক্না নিংথৌগা অমুক্তং উন্ননিংলম্মী। নিংথৌনা মহাকপু ভারতকী চৎনবী মতুংইন্না লৈ পরেং হক্তুনা, চন্দন চাইরবা ঈশিং অমসুং মুগা ইন্নফি অমা থাদুনা ইকাই খুম্ননা ওক্লম্মী। অসুম তৌবসিদা মহাক য়াম্না হরাওনা মমুমদা হল্লক্লম্মী অমসুং রামগী রারী বাংলাদা ঈশৈ ওইনা শক্লম্মী। অসিগুম্বা য়াম্না লীকল্লবা অমসুং অচুম অরান খঙম্রবা চিংনিংঙাই ওইরবা অমসুং থেংথল্লরবা পুন্সি মতাংগী রাতমক য়াওবা আত্মকথাগী পরেং খল্লসিদগী পণ্ডিত খরনা কৃত্তিবাসকী পোকপগী তারিখ সাল ১৩৫৮

দনি হায়না লৌনিংই। মসিগী রাফম অনুমান অনীদগী লেপ্পনি—(১) নরসিংহগী অভিভাবক ওইথিবা নিংথৌ দানুজ হায়বসিগা মুসলমানশিংগী ইতিহাসতা য়াওবা তরাহুমদোইশুবা শতাব্দীগী 'রায় দনোজা' হায়বসিগা অনীসি মীশক অমত্তনি, অমসুং (২) কৃত্তিবাস নিংথৌ গনেশকী (কংশ ) রাজসভাদা কারম্মী। অমুম্না লোৌবা অসিদা শাথিনা য়ানিংদবা রা কয়ামুক লৈ। নিংথৌ গনেশ সরকারি, চে-চাংদা (চৎন শেল ময়েক্তা) দনুজমর্দন হায়না কৌনরম্মী, অমসুং অতোপ অতোপ্পা রারী রাখোং কয়াদগী খণ্ডবদা হায়রিবা হিন্দু নিংথৌ অসিনা বাংলাদেশকী নিংথৌ ওইনা পাম্লিঙৈ মহুংশিদা সন্মান তৌবদা মতিক চারবা অমসুং পণ্ডিত ওইরবা ব্রাহ্মণ কয়ামুকপু গঙ্গা॥ তোর্ব্বান্দা খুন্দাহুনা লৈননবা কন্না হোৎনরম্মী। কৃত্তিবাসকী আত্ম-কথাশিংদা পীরিবা পারি-পুরিগী রাসিগা মমিং চৎলবা দার্শনীক বৈষ্ণব জীব গোস্বামীনা ইবা পারি-পুরিগী রাগা চাংদমহুনা য়েংবদা নরসিংহগী অভিভাবক ওই-থিবা নিংথৌসি ~~গনেশ~~-দনুজমর্দন নত্তনা অতৈ কনাসু ওইফম থোক্তে। মসিনা তাকপদি কৃত্তিবাসনা লৈরম্বসি ১৫শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তম্নায়গী মহুংদনি, অমসুং মহাক্না রাজসভাদা কারম্মী হায়বসি পাঠান স্থলতান রুকনুদ্দীন বারবক্ শাহা নত্রগা ইউসুফ সাহা নত্ত নত্রগা হুসেন শাহাগী রাজসভাদা ওইরমগনি হায়বশিনি। কৃত্তি-বাসকী আত্মকথাদা পল্লিবা নিংথৌগী সভাসদশিং অসি হুসেন শাহাগী মন্ত্রীশিং অমসুং অচৌবা কর্মচারীশিংমক্তনি, খুদম ওইনা হায়রবদা কেদার রায়, নারায়ণ অমসুং জগদানন্দ রায় হায়রিবশিং অসিনি। থাঁ হায়বা মিংথোল বাংলাদেশতা হিন্দু কর্মচারীশিংদা পীখিবসি ১৫শুবা শতাব্দীগী ময়ায় অহুরাইদ॥নি, মসিগী মমাঙ-দদি পীনরমদে।

মরম অসিনা কৃত্তিবাসকী পোকপগী অকরুবা শক তাং লেপ্পনবগী মচাক অমত্তা লৈতে। মসি লেপকে হায়রবদি অনৌবা মচাক অমসুং অনৌবা প্রমাণ ডাইথিবা তাই। মরকসিদা ঐথোয়না কবিসিনা লৈরম্বা মতম চাউরাক্না ১৫ শুবা শতাব্দী অহুরাইদা ওইগনি হায়না লেপ্পা য়াই।

রামায়ণগী রারী বাংলা কবিতাদা ইহান হান্না ইরম্বা কবিসি কৃত্তিবাস ওই-রমদবসু য়াই। তৌইগুবসুং মীয়াম্না থ্রাইদগী হেন্না পাম্লবদি মাগীসিনি হায়বদা করিসু চিংনিংডাই লৈতে। অসুম্না পাম্নথিবসিদগী ফংলকপা মহৈ অৱাবগী মশক্তি। মতম্না অসুম হৌথিবগা লোয়ননা কবিতাশিং অসিদা য়াওরিবা কবিগী মমিংদনা হেন্না লূনা থন্নরক্ষী, মচাকপুনা অসুম অসুম লায়থোক্লরম্মী। শৈরেং অসিবু শকলিবা (গায়েন) শৈশকপশিংনা খণ্ডনা খণ্ডদে খণ্ডদনা খণ্ডদে শৈরেংগী রাহৈশিং মথোয়

মখোয়গী মমালোনগা চাননবা ওস্লোক-ওনশিন তৌনরমী অমসুং রারীগী মতাং-মতাংদা মখোয়না ফজগনি হায়না থনবা অতেনবা রারীশিং অমসুং মীয়ামগী অপাম্বা পাম্বদগী মতুং ইন্দুনা হাপ্লোক হাপচিন তৌদুনা শৈরেংশিং অসিমু হেন্না ফজহল্লিবনি হায়না ভাবত্তা শেমদা মনীং তৌরমী। মতৌ অসুম্না মমৈথংদা থোকফজকখিবা বৈষ্ণবকী মওং-মতৌ॥ রারীগী মতাং কয়ামরুম কৃত্তিবাসকী কবিতাদা অসুম অসুম য়াওশিল্লকপনা ১৬শুবা শতাব্দী লোইরকপা অতুরাইদদি কবিতা অসিগী মচাক্তা কবি-গী মমিংগা অমসুং মরক মরক্তা দ্বিপদীগী কবিতাশিং থন্না নত্তনা করিমত্তা লৈহোত্রে।

বাংলা লোন্দা খুৎনা ইবা কৃত্তিবাসকী মমিং য়াওবা রামায়ণগী লাইরিক ওস্লোক্না য়ামপ্লে তৌইশুরসুং মথোয়সি-॥ মতুংদা অযাম্বনা থেঙথরকপা ১৮শুবা শতাব্দীগী অমসুং ১৯শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা ডাক্তা ওইনা তৌই; ১৭শুবা শতাব্দীগী অরোইবা মতমদগী হেন্না ওনখৎপা শরুক্তা ইরম্বা অমত্তা য়াওদে। কবিতা অসি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীগী কর্মচারীশিংনা প্রাদেশীক লোন তম্বদা খুৎলোয়গনি থদ্দুনা শ্রীরামপুরগী মিশনগী ছাপাখানাদা সাল ১৮০২ দা ছাপা তৌরমী। ইহান হান্না ছাপা তৌখিবা লাইরিকসিনা অরিবা খুৎনা ইবা অমসুং মমৈথংদা ছাপা তৌরকপা পুম্ন-মক্কী পুমহেন হেল্লি।

রামগী রারীনা মতম লৈবা থিবিক্তা ভারতবাসীশিংগী ধর্মগী রাখলদা অমসুং নীতি অমসুং আদর্শদা থ্বাইদগী কল্লবা প্রভাব পোকহল্লি। বাংলাদেশতা অসুম্না থোকহনখিবসি কবি কয়ামরুম্না (অমসুং শৈশকপশিংনা) হেনবদগীনি; মথোয়সিগী মতুংদা কৃত্তিবাসনা চহীদা থ্বাইদগী লিরম্মী অমসুং মিংদসু থ্বাইদগী হেন্না সন্মান তৌখিবা মীশক্নি।

থ্বাইদগী লিরবা বাংলা লোনগী রারীগী শৈরেংদা অকরবা মতম অসিদা ইথিবনি হায়না লেপ্পা য়াবসি কৃষ্ণগী মরমদা ইবা রারীগী থ্বাইদগী লিরবা শৈরেংসু ওইবা 'শ্রীকৃষ্ণ বিজয়' (শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইবা) হায়বসিনি। মসি মালাধর বসু হায়বা সুলতান রুকনুদ্দীন বারবক শাহানা 'গুণরাজা খাঁ' হায়না উপাধি পীখিবা কবিনা ইরম্বনি। মসিগী শৈরেংসি ভাগবত অমসুং বিষ্ণু পুরাণনা যুম্ফম ওইদুনা ইবনি। শৈরেংশিং অসি ইবদা চহী তরেৎ চঙলম্মী (১৪৭৩—৮০)। মালাধর লোংচুপ বঙ্গগী কুলীনগ্রামগী লুংঙাই-য়াইফবা কায়স্থগী ইমুং অমদগী হৌরকপনি। মহাক সুলতানগী লোঙ্কংশঙ্গী কর্মচারী ওইরম্মী অমসুং রাজসভাদসু মতম থক্তা সভাসদ অমা ওই-রম্মী। শৈরেংসি হৌবদগী লোইবা ফাওবদা বর্ণনা তৌদুনা ইবা ডাক্তনি অমসুং গীতি কবিতাগী হৌনবী মওং অমত্তা য়াওদে। তৌইশুরসুং মসিদা য়াওরিবা ভক্তিভাগী

ওইবা অমসুং পুরুচেল শেংবগী মতৌশিনা সাধারন ওইনা লৈনরিবা কবিতাশিং-দগীদি য়াম্না থাক ৱাংনা লৈ। মশিবু য়াম্না খুনা মীয়াম্না পাম্লখি তৌরবগী অথুবা থৱাতগী ওইনা তৌরমী। নহা ওইরিঙৈদা চৈতন্যনা শৈরেংশিংবু শকনখিবা য়াম্না তোয়রনা তাৱনবী অমসুং মশিবু মরুং থিৎনা থঙলম্মী। অমুম্না থঙবা অসিদগী কবিগী মচাশিংনা পুরীদা ইহান হাম্না উৎরবা মতমদা চৈতন্যনা মথোয়বু য়াম্না যুংশিনা লোয়নবির্মী। কবিতাসি মীচমশিংগীদমক ইরমবস্তু মশিদা য়াশরিবা নৈতিক মনো-ভাবনা ভক্তিত॥ ওইবা মরম্না ভক্তশিংবু অমসুং লাইরিক-লাইসু হৈবশিংদগী হেন-লোকতুনা অতৈদা য়াওরুবা ওয়মদে। মরম অসিনা ১৭শুবা শতাব্দী লোইরকপাদদি কাব্যশিংগী শরুক থৱা নৈতিক মনোভাব য়াংতক য়াওবা কবিতাশিংনা শিঞ্জিনখিরম্মী, মরুঅসিদগী মীয়াম॥ পুম্নিং চিংশিন্নিংঙাই ওইরম্মী।

মালাধরনা মহাকী শ্রীকৃষ্ণ বিজযদা রামাযণ॥ ৱারী হাপচিল্লম্মী। অসুম্না শরুক মচেৎ থৱা কবিতাদা হাপচিন্নবগী থৎই জাৎ অমা চৎনরম্মী হায়বসি ১৭ শুবা শতাব্দীদ হৌনা ইনরম্বা খুৎনা ইবা লাইরিকশিংদগী থঙবা উম্মী।

হুসেন শাহাগী কর্মচারী যশোরাজ খান হায়বা অশেংবা মিংনা দামোদর সেন কৌবা অমনা কৃষ্ণ লীলাগী কাব্য অমা ইরম্মী। 'কৃষ্ণ মঙ্গল' কৌবা মসিগী লাই-রিকসি খুৎনা ইরম্বা অতুদি হৌজিক ফংদ্রে। ১৭ শুবা শতাব্দীগী অথেঙবদা ইরম্বা বৈষ্ণবকী কাব্যগী অলংকার॥ মরমদা ইবা লাইরিক অমদা হাযরিবা কাব্যশিংদগী লৌথোকপা শরুক থৱা য়াওরম্বা অসিনা তাকপদি কাব্যশিংগী খুৎনা ইবা লাইরিক লৈরম্মী হায়বসিনি। লৌথোক্লকলিবা শরুক অসি বর্ণনা তৌতুনা ইবা শৈরেং শরেং মরীথক্তা অতেনবা গীতিকাব্য অমগনি। মসিদা ব্রজগী লৈশাবী মচা অমনা (মসি য়াথা ওইগনি) হুমিৎ তারকপদা শন ময়াম পুতুনা ময়ুমলোমদা হল্লকপদা কৃষ্ণবু উজনিংবগী থৌরাংবা অতুবু শৈথারি। পরেংগী অরোইবদা ছত্র অনীদা ইবা কবিতাদা কবিগী মশানা ইবা মমিং অমসুং মহাকী অভিভাবক সুলতান হুসেন শাহাগী মমিং য়াওরি। মসি থ্ৱাইদগী লিরবা ব্রজবুলি ঈশৈ অনীগী মনুংদা অমনি। (অতোপ্পা অমতুনা ত্রিপুরা নিংথৌ ধন্যমানিক্যগী রাজসভাগী কবি জ্ঞাননা ইবনি।)

কৃষ্ণগী পৌরানিক ৱারী ইবা থোইদোক্লা শীংথাননিংঙাই ওইবা কাব্যদি 'বড়ু' চণ্ডীদাস মখুৎনা ইরম্বা অমত্তা মঙাইরবা অমসুং মচেৎ থৱা শেগায়রবা লাইরিক অমসুং লাইরিকশিংবু ফংখিবা বসন্তরঞ্জন রায়না সম্পাদন তৌরগা বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষদনা লোঙখিবা অতুনি (১৯১৬)। খুৎনা ইরম্বতুদা মমিং থোন্নমদে অতুবু সম্পাদকনা মমিং হাপচিল্লবী অমসুং 'শ্রীকৃষ্ণ কীর্তন' হায়না কৌনৈ। কাব্যসি মরম

কথামুক্তা শীংথানবা য়াই। মসি॥ ইরিবা খুৎই চাং মায়ত্রবস্থ থায়ন॥ খুৎইনি; ইরিবা লোন্দানা ময়ায় মতমগী বাংলা লোনগী অরিবা মওংগীনি; ইব॥ মওংনা চৎনরিবা বর্ণনা তৌবগী খুৎই॥ মওংদ॥ পুমতোক তোপ্পী; কাব্য॥ নৈতিক ভাব ধর্ম খুদিংদা চন্নবা য়াই অমসুং লৈবাকমচা তাফাত্তবা থোদোক তোয়না য়াওই। ম॥ওইবা রারী মতাং পুরাণ লাইরিকশিংদা যাওদবা ডাক্তনি। খুৎই লাইরিকসিদা ইরম্লিবা খুৎইসিগী মতুংইন্না লাইরিক অসি তরামডাশুবা শতাব্দীদা ইরম্বনি হায়না সাধারণ ওইনা লেপ্লে। তৌইগুম্বসুং লাইরিকসি॥ লামায় খরদং থাইনগী খুৎইদা অনৌবা ইশিনবগী শ॥ক যাওই। অমুম্না অনৌবা ইশিল্লকপগী শরুকশিং অসিগী চে অমসুং মুক য়েংঙুরগা মখোযসি তরানীপানশুবা শতাব্দীগী অথেঙবা মতমগীনি হায়বা তাকই। পণ্ডিত খরনদি শিজিন্নরিবা লোন্দাদতা থাজত্তনা কাব্যসি তরা-মডাশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা মতমগীনি হায়। তৌইগুম্বসুং অমুম্না থাজনবগী অচাবা মরমদি লৈতে। লোনশিং অসি চাউরাক্লা অরিবা লোন্দা ওইনা উরবস্থ খোম্থোক ওল্লকপরোমদগী অমসুং ব্যাকরণলোমদগী য়েংলকপদা অনৌবা লোন্দা চঙই হায়বসি শোয়ত্রবনি। অসিগী মথক্তা বাংলালোন ওইনা শিজিন্নগ্রবা ফারসী অমসুং আরবী রাহৈশিং যাওই অমসুং অসিদগী হেন্দোক্তনা ফারসী শব্দদা বাং-লালোনগী প্রত্যয় হাপচিন্দুনা শেমদোকগ্রবা রাহৈ ফাওবা য়াওরি। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা শ্রীকৃষ্ণ কীর্তন্দা ইরিবা লোন তরাত॥কশুবা শতাব্দীগীনি হায়না চাউ-রাক্লা লেপ্লা য়াই তৌইগুম্বসুং মসিগী কুয়োমসিদি মসিদগী হেন্না লিরবা মতমগী ওইরম্বা য়াই।

খুৎনা ইবা লাইরিকসিগী অহৌবগী অমসুং অরোইবগী শরুক অয়াম্বা শেগাইগ্রে অদুগা ময়ায়গী অয়াম্বা শরুকস্থ থিবা ফংদ্রে। স্বপ্নগী কায়দনা ফংলিবা হায়বদু অইবা কবিনা ইরম্বা মমিং চণ্ডীদাস হায়বসিগা মহাক্কী শিনফম তাকপা মিংথোন (?) 'বড়ু' (হায়বদি মন্দিরগী থৌদাং পুবা মী) হায়বসিগতা মফংই। অদুগা কবিলি দেবী বাসলীগী (অতোপ্পা মিং চমুণ্ড নত্রগা কালিস্থ কৌই) তেংবাংবা পুরোহিত নত্রগা মন্দিরগী থবক তৌবা মী অমা (গন, গতি) ওইরম্মী হায়না লৌবস্থ য়াই। বাসলীগী মন্দির কদায়দা লৈরম্বগে হায়বতুদি হায়বা ঙমদ্রে। থা নোংচুপ (বাঁকুড়াগী ছাতনা) অমসুং অবাং নোংচুপ (বীরভূমগী নাম্নুর) লমথৈশিং অসিগী মীশিংনা কবিসি মখোয়গী লমগী মীনি হায় অমসুং মখোয়না হায়রিবসিগী অচুবা মরমস্থ লৈ। শ্রীকৃষ্ণ কীর্তনগী খুৎইগী রীতি অমসুং কলাকৌশল কৃষ্ণগী রারীগী অতৈ কাব্যশিংদা ইরম্বা অদুদগী পুমতোন তোঙাল্লি। কাব্যসিদা য়াওরিবা রারীদা রারী ওইনা মথং মনাও ইবা শকক্তি খজিক্তনি। মী অর্নীদা নত্রগা অহুম্না রারী

য়াতাই শান্নবগী মওঙদা হৈরিবা ঈশৈগা পদাবলীশিংনা য়ারীছু তাকই অমসুং ঈশৈশিং অসি সুপ্পগী সংস্কৃতা ইবা পরেং অমগী নত্রগা অনীগী শ্লোক অমনা জয়দেবগী গীত-গোবিন্দদা তৌবগুম্না অমগা অমগা লেংশিন্দুনা শম্নহল্লি। অসিগুম্বা মী অনী নত্রগা অহমগী মরক্তা য়ারী শানহন্দুনা য়ারী ওইনা শাগৎপা নত্রগা নাট্য ওইনা ইবা খুৎই অসিবু অরাংবা থাক্কী হায়বদি সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত সাহিত্যদা বাগকেলী য়াহৈগী লৈন্নোং নত্রগা বাগকেলী য়াহৈনা শান্নবা হায়না থঙনৈ অমসুং অনেম্বা হায়বদি খুল্লক্কী লোনগী সাহিত্যদনা 'ঝুমুর' হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা অমগা অমগা শমজিন্নহনবা সংস্কৃত শ্লোকশিং য়াম্না ফজে অমসুং (করিগুম্বা শ্লোকশিং অসি মহাক্না ইবা ওইরবদি) সংস্কৃত লোন্দা কবিতা ইবদা কবি অসি য়াম্না হৈবা মীনি হায়না লৌবা যাই।

কাব্যসিগী ভাব ভক্তিগী নত্তে, মীওইবগীদমক ওইবা ভাব অতুগীনি। বস্তু অমসুং ভাব জয়দেবগী ঈশৈশিংগুম্না অপাম-মুংশিগী য়ামক্তনা ওই। (থাঙ্গৈশেংনা হাযবা ভাবদা বড়ু চণ্ডীদাসনা জয়দেবগী ঈশৈ অনীথক্তা যাওরিবা ভাব অদুমক কবিগী লোন্দা শেমদুনা ইথোক্লম্মী।) কবিসিগী মফমদদি কৃষ্ণ অমসুং রাধা পুরাণ য়ারী-শিংদা য়াওরিবা অদুদগী লোথোক্লকপা চরিত্রশিং নত্তে, নত্রগা ভক্তিগী অনুভূতিগী মশক ওইবা চিহ্নসু নত্তে। মথোয় চুম্নগী লোথুপ-লোকোই য়াওদনা মুংশিনবা অনীগী শক্তমদা উৎলি। অহানবদা য়াম্না নৌরিবী মপূং মরৈ ফাত্রিবী কৃষ্ণগী মরী মতা থোক্কপা অমদা থাজদ্রবী অমা ওইনা উৎলি অমসুং কৃষ্ণবুনা হেক লোইবা ফাওবদা লাল্ল-ফানবা ওমদ্রবা, অগ্গাং ওইনা তৌগুম্বা অমসুং মচোংপাক নাইদবা অমা ওইহল্লি।

লোংমা কৃষ্ণনা মপূং-মরৈ ফাররুবী রাধাগী থবাক ডানফম উঞ্জবদগী মাবু মং-নিংবগী অপাম-মুংশি পোক্লম্মী। কৃষ্ণনা রাধাগী অহল ওইরবী মমা পোকপী মবোক বড়াইদা রাধাদা মাগী য়া হায়বীনবা হায়জরম্মী। বড়াইনা মুংশিবা অমনা মুংশিবগী মফমদা পীফম থোকপা খুদোল পুতুনা রাধাগী নাক্তা চৎলম্মী। রাধা য়াম্না শাউরম্মী অমসুং হৌনদবা য়াসি হায়বগীদমক অহল অতুবু তাম্বোক্লকখি। খুদোল পোৎ ময়াম পুতুনা বড়াই অমুক হন্না লাক্তূনা কৃষ্ণ হায়বসি বিষ্ণুগী অবতারনি মঙ্গমসিনা মহাক্কা মুংশিনবদা হৌনদবা নত্রগা শাপ তৌকনী য়া অমত্তা লৈতে হায়না রাধাদা হায়রম্মী। হন্নকমুকসু বড়াইগী য়াহু য়াধানা গুপয়া য়ামমদে। রাধানা অসুম্না য়াথবনিবু মঙোন্দা ইকাইবা পীবনি হায়না বড়াইনা য়ারৌথিরম্মী অমসুং রাধাবু নমহুনা য়াহনগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখিরমী। মহাক্না হায়বদগী কৃষ্ণনা হৌজিক লকী চৎপশিংবগী নময়া-নবথেরনা য়ান্নব লোবা মী শাহুনা রাধানা মতাশিংগা

লোয়ননা মথুরাদা শঙ্গোম য়োনবা চৎপদা মাস্থল চাউনা রাধাদগী তাল্লমী। হান্না নীংলম্বতুমক্কা চাননা রাধা মাস্থল পীবা ঙম্লমদে। মতুদা কৃষ্ণনা মানা মাঙলিবতুগী হৃক্তিনবা ওইনা মহাকপু হংশিবীয়ু হায়রম্মী। মসিগী অচুম-অরানগী মরমদা মরৈ কল্লা য়েৎনরম্মী। চৈরকসিদা বড়াই মফমদু য়োরক্লম্মী অমসুং কৃষ্ণগী মীচং চঙলম্মী। অনীনা চুংশিন্নগ্রবদা রাধা তৌফম খঙলমদে অমসুং মবোক্কী মফমদা মাবু হুংশিবীনবা কপ্পনা হায়জরম্মী তৌইগুম্বসুং করিস্ত কান্নরমদে। করিস্ত খঙজদ্রিবী, ম ং মরৈ ফাগ্রিবী মুপীমচা অমনা কারাম চাউবা নমজা-নমথেরবদা হৈনরবা নহা পাখং অমগা মতাং চাউরবী হন্নবী অমগা অনীনা পূন্না তকশিল্লরুবদা কয়া কুইনা খাঙবা ঙমগনি? য়ানিং য়ানিংদনা কৃষ্ণগী নমজা নমথেরবা থোদোবু মহাক য়াবা তারম্মী, অমসুং মতাং অসিদা মাস্থল লৌবা (ধন খণ্ড) হায়বা খাইদগী চাউরবা অমসুং লময়োবা নাট্যগী অয়োইবা ফিজং থাদথি।

কৃষ্ণনা রাধাগী হকচাংবু খুদুম চনবা ঙমখিরম্মী তৌইগুম্বসুং মাবু হুংশিবিন-বগীদমক য়াকাইহনবদি ঙমলমদে। রাধানা নাইতোম মহাক্কা উন্নদনবা য়াম্না খুকউ শেল্লম্মী। মহাক অমসুং মহাক্কী মতাশিং পূম্নমক মথুরা তাবা লম্বী পরীংদা চৎপা তোক্লম্মী অমসুং যমুনা তুরেল লান্দুনা অকোইবা লম্বীদা চৎলম্মী। মতম থরদি কৃষ্ণসু তৌফম খঙলমদে। বড়াইগা অমুক তান্নরম্মী অমসুং মহাক্কা তাকপা ইন্দুনা হিরানবা ওইনা মহাক অমুক থোক্লরুম্মী। রাধা কৃষ্ণগী হিদা তোংলম্মী। লৈরাই-দগী কনা লাপ্পা হোন্দোকলরুবদা কৃষ্ণনা তৌগে মতাগুম্না থোক থোক নোমহল্লম্মী। শিগনি খল্লুবদগী রাধা কিদুনা কৃষ্ণবু চেজেৎ কোল্লম্মী অমসুং কৃষ্ণনা নীংলম্বতুমক থুংলম্মী। মখোয় অনীমক তোবর্বান তান্না ইরোইমিন্নদুনা হনমিন্নরকলম্মী। মফমসিদা হিরানবগী মতাং (নৌকা খণ্ড) লোইরে।

রাধাগী শাজত্তা মনেমবোকনা চিংনরম্মী অমসুং মহাকপু মপান থোকহল্লমদে। কৃষ্ণ অমুক বড়াইগী মত্তেং লৌবা তারম্মী। বড়াইনা রাধাগী মনেমবোক্কা মমোবু মথুরাগী কৈথেলদা চৎহনদদুনা ইমুংগী শেনখুম ময়েং তাহনবগীদমক চৈরম্মী। বড়াইনা মত্তোন্দা ইকংথা ওইবনিনা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা হিদা লানবদু করিস্ত কিনিংঙাই লৈত্রে, ইরাই লাইনা থোরী তীংলিবদু পায়দুনা লানবা য়াত্রে হায়না থাজহল্লমী। মহোশাগুম্না রাধা চখোক-চৎশিন তোবা য়ারম্মী। হন্দক্তি কৃষ্ণ পোৎনেক পূবা ওইনা রাধাগী মনাক্তা লাকলম্মী অমসুং রাধানা মথুরা তান্না মাগী লপ্লোনপোৎ পুনবা মহাকপু নেকলম্মী। য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মতিকচাবা অপুমন পীগনি হায়রম্মী। অপুমন পীনবা হায়রবা নংত্রিভৈদা রাধানা কৃষ্ণবু মাগী মকোক্তা হুংখা খাঙনবা ছাটিন খানহন্দুনা

য়ুমলোমদা হল্লকপগী লম্বী লমশাং থুংনা চৎহল্লম্মী। কোকথোং পুবা ( তাম্বূল খণ্ড ) অমসুং ছাটিন ( ছত্র খণ্ড ) কৌবা মতাংনি ৱারী অসি।

হৌজিক্তি কৃষ্ণ রাধাগী মমাল্লবীশিংদা মপুকনিং চঙবা হৌরক্লম্মী ; মমাল্লবীশিং কনা কনানো হায়বত্থদি মশক মমিং পল্লমদ্রে। কৃষ্ণনা উগী ফজরবা লৈকোন 'বৃন্দাবন' কৌবা অমা শেমলম্মী। মহাক্না বডাইদা রাধা অমঃং মাগী মতাৱে'ইশিংবু লৈকোল অত্থদা পোথাবীরনবা হায়বিয়ু হায়জরম্মী। মঃথোয় ময়াম লাক্লবদা কৃষ্ণনা মথোয় খুদিংমক্কী হুংঙাইনবগীদমক মথৱায় য়াওনা হোৎনরম্মী, মসিদা রাধাগী মপুকনিংদা হুংঙাইতবমা পোকলম্মী। মহাক্না রাধাগী নাক্তা চঙলকপদা মহাকপু থৌওইদনা তৌরকলম্মী। মসিদা কৃষ্ণনা ৱারৌরম্মী। মহাক্কী শাজৎ হোংলকলম্মী অমসুং রাধাদা হৈ-লৈ উনাশিংনা শেগাইদুনা মাগী লৈকোল মাঙহল্লে হায়না মরাল শীজিল্লম্মী। মতুংইমক রাধানা ঙাকপীনবা হায়জবা তারম্মী। মাগী মপুকনিং ওল্লকলম্মী অমসুং অশাউবদগী তৌথিবনি হায়না লাল্লে হায়জরম্মী :

কল্লক থম্বন চাউবা মুপী ওইবীগী হৌনশানি অত্থবু প্রেমিক অমনা মত্থদা থক ৱারোনদে। নহাক্কী ৱাঙাংনা ঐনা ৱারৌরম্বা পুম্নমক কোকহনবিরে। নখোঙ অনী পায়ছনা হায়জরি ঐনা, ঐথোয় অনীগী মরক্তা থম্বীরগমু অতোপ্পা মুপী অমমুক। থম্মোয অনীসে নঙ ঐগী শেমগ্রবনি অমত্তা ওইনা মদন দেবনা। মসিগী পরীক্ষা লৌররে বৃন্দাবন্দা। মহাক্না য়াদবা অমত্তা তৌজররোই ঐহাক অমুক। ঈশ্বরনা তমগ্রবা নঙ ঐগী মুংশিনবনি ; ঐ.থায়নীগী থম্মোয় অমত্তনি, হিংমিন্নরিবনি হকচাং অমত্তদা। অসুম্না মুংশিনবা অসিদা অতোপ্পামবু পামফম থোক্তে, মসি ঐগী ইরান নত্তে। নহাক্কী নঙ্গুণবু কনানা শীংথাবা ঙমগনি ? পুম্নমক্তো য়েক্তুনা থমগ্রবনি ঐগী থম্মোয় লকাদা অময়মতা ওইনা। লেঙশিনবীরকলো হৌজিক্তি, পোথাবীরো ঐগী নাক্তা ফমত্থনা শকচৈ অসুম্না বড়ু চণ্ডীদাসনা।

বৃন্দাবন ( বৃন্দাবন খণ্ড ) কৌবা ৱারীগী মতাং মুংশিনরবা অনীনা অসুম্না হল্লাও-তয়াম্না পৃম্না তিন্নথিবসিদা লোইরে।

মথং তারকপা ৱারীগী মতাং ( কালিয়দমন খণ্ড ) পুরাণ ৱারীদা য়াওবা যমুনাগী পাৎকী ঈশিংবু মোৎহন্দুনা লৈরিবা কালি কৌবা লিনবু মাঙহনবগী মতাংনি। সিগী মথংদনা যমুনা খণ্ডগী মতাংনি। কৃষ্ণনা পাৎ অসিবু মরম্নাইগী পাত্তোনা থল্লম্মী। মহাক্না হায়বা য়াল্লবতদা রাধা অমসুং মাগী মমাল্লবীশিং পাৎ অসিদগী ঈশিং শোকহনগনি হায়রম্মী। কুইনা য়েৎনরবা তুংদা কৃষ্ণনা হায়ল্লিবত্ন রাধানা য়ারম্মী। কৃষ্ণনা রাধা

অমসুং গোপ মুপীশিংগা লোইনদুনা শাৎ অদুদা জলকেলি শান্নখিন্নম্মী। মসি পুরাণ ৱারীগী ফি-হুরানবা (বস্ত্রহরণ খণ্ড) হায়বদুগী মতাংনি।

ঈশিংদা অসুম্না শান্নমিন্নরিঙৈদা কৃষ্ণনা রাধাগী লীকপকুং শুক্লাম্মী। মহাক্না কৃষ্ণগী মমা যশোদাদা ৱাকথলম্মী। কৃষ্ণবু থীনা মমানা চৈরম্মী। মসিগী লমন খুম্বা ওইনা কৃষ্ণনা কামদেবগী তমথীরবা তেন্না থারম্মী অমসুং রাধা শিবগা মান্ননা ৱাহৎদুনা তারম্মী। বড়াইনা কৃষ্ণবু মুপী হাৎপগীদমক ফাজনা থমলম্মী। থোঁদৌ অসিদা ইকাইমনগ্রদুনা কৃষ্ণনা বড়াইদা মাবু খুদক্তা থাদোকপীনবা হায়জরম্মী। কৃষ্ণ রাধাগীদমক তশেংনা মথস্নায ৱান্নম্মী। শাস্ত্রাং তারিবা রাধাগী হকচাংবু উরগা মহাক তেংখা-নাওই কপলম্মী। ঙাইহাক নৈরগা রাধা জ্ঞান তারকলম্মী অমসুং কৃষ্ণনা তাঙনা মুংশিজবগী হোনবা মহাক্না লানথিবা পূম্বা ঙাকপীনবা হায়জরম্মী। মফমসিদা তেনগী (বাণ খণ্ড) মতাং লোইরে।

মতুং থন্না নৈরগা রাধানা কৃষ্ণবু কয়া থোঁওইদনা তৌরম্মী। কৃষ্ণনা রাধাগী মপুকনিং চিংশিল্লনবা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু করিমত্তা কাম্নরমদে। মমৈথংদা মহাক্না ৱাগী বাঁশি অমা শারগা থোংবা হৌরকলম্মী। বাঁশি থোংলকপা তাবদা রাধাগী পুকনীং শুমহৎথিরম্মী, মতোমতা তুমিন নৈবা ঙমলমদে, কৃষ্ণবু উনিংবনা থাঙবা ঙমলমদে। তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণনা ইথৌ থোঁওইদনা লৈথোকলম্মী অমসুং মহাক্না উনদনবা থৈদোক্তুনা লৈখিরম্মী। সিগী তুংদা রাধানা বড়াইদা কৃষ্ণবু মাগী নাক্তা পুবিরক্নবা হায়জরম্মী। বড়াইনা মশাগী চহী য়ামলকপনা চৎফম-লাকফম থঙদনা পংচৎ চৎপা খুদোং থোকলোই হায়না যারমদে অমসুং রাধাদা ইমুং-মনুংগী মর্যাদা ঙাক্নবা অফবা থবক তৌ হায়রম্মী। তৌইগুম্বসুং রাধা হৌজিক্তি পুন্নমক থাদোকপ্রবনি অমসুং মহাক করিগুম্বা অমত্তবু থোঁশারমদে, মুংশিবা হাযবতুদনা মাগী পুন্নমকনি। অদুদগী বড়াইনা কৃষ্ণগী বাঁশি রাধানা হুন্নানবা য়াননবা শিল্লম্মী। হৌজিক্তি বাঁশি মথুত্তা চল্লবনিনা মহাক্না পাম্বা মওংদা কৃষ্ণবু তৌহননবা খুদোংচাবা ফংলম্মী অমসুং কৃষ্ণনা মশাগী মায়থিবদু লোত্তুনা মহাক্না হায়বা পূম্বা য়াবা তারম্মী। বাঁশিগী মতাংগী ৱারী (বাঁশি খণ্ড) মসিনি।

হৌজিক কৃষ্ণগী মফমদা রাধাগী প্রেম ময়েং তারকলম্মী অমরোমদা রাধাগী কৃষ্ণ প্রেম অসুম অসুম হেনগৎলম্মী। কৃষ্ণ থওইনা রাধাগা উন্নদনবা থৈদোক্তুনা লৈগ্রে, মরম্মদি মহাক পুন্সি চুম্নগী ওইনা মফমদু থাদোক্লমলগে খল্লম্মী। রাধানা বড়াইদা মচাকপু থওইবীত্রবা মুংশিববু মনাক্তা পুবিরক্নবা ঙম্নমথৈ হোৎনবিয়ু হায়জরম্মী। অহানবদা বড়াইনা চৎলোইদোবগী মখল-মথা থোক্না মম্নম কয়াম রুম পীরম্নী ;-তৌইগুম্বসুং মমৈদদি

মহাক কৃষ্ণবু উপাই অমা ওইনা ফংনবা থিগে অমসুং রাধাগী নাক্তা পুরক্কে হায়না য়ারম্মী। অমুক অনীরক হোৎনবগী মহৈ যান্দ্রবস্থ মমৈথংদদি মহৈ য়ানখিরম্মী অমসুং হুংশিনরবা অনীত্থু অমুক হন্না বৃন্দাবন্দা উনখিরম্মী। রাধা মবুংঙোগী মফমদা চঙজরম্মী অমসুং মহাক্না হেক হৌবদগী হৌনা মবুংঙোনা যানিংদবা থৌদৌ কযামুক তৌখি হায়না মাগী মরালথু য়াখিরম্মী। কৃষ্ণ মথন্নায় হুংঙাইরমদে, লঙজখিব। মরম থিরম্মী অমসুং হুংবংনৈ। মহাক্তি হৌজিক মহৌশাগী লমচত্তগী হোংদোকলবা অমসুং যোগ অভ্যাস তৌরবা মীনি হায়রম্মী। অবতার তৌরকপা অমগী হৌনবী মহাক তৌবা তাই অমসুং মসিগীদমক মহাক মথুরা অমসুং অতৈ মফমশিংদা চৎকদৌরিবনি হায়রম্মী। অসিগুম্বা হুংশি-হুংওনগী শাজৎনা রাধাগী মিংচৎ থিহনগনি অমসুং মহাক হৌজিক্তি মাবু কাউনবা হোৎনৌ অস্থুন্না তাকপীরম্মী। থ‌ন্নোয শোক্না রাধানা হায়জরম্মী:

নহাক্না যোগী ওইবা থাদোকলমহৌনা পুন্নমকপু ওইগনি ঐস্থ যোগিনী নঙনা হায়বতা ইঙ্গবী ননাই ওইহৌনা।

অস্থুন্না খুরৌ থাংলিবসিদগী নাম্ফোরবা কৃষ্ণনা নীংঙমলক্তবা শাজিন্নহৌনা রাধাদা মাবু য়াম্না হুংশিবগী মতৌ উৎলম্মী। খুদক্তু মক্তদা রাধা তুম্নিংবনা লৈফম থঙলক্কে অমসুং মহাক্না হুংশিজবা কৃষ্ণগী তম্পাক্তা মোনখাঙহৌনা লৈমায়থক্তা হিপথরম্মী। চিঙ্গেনা রাধা ইঙনা য়াতাখিরম্মী। কৃষ্ণনা হুপীহৌবু লৈমায়থক্তা নীংথিনা মোনখাংহন্দুনা থনম্নগা মপোক অহুমগা ওইনা হন্দোক্লম্মী।

মাঙগ্রবা প্রেমিক অসিবু বডাইনা অমুক হন্না কোইথি থিরক্লম্মী তৌইগুম্বসুং ফংবা ঙমখিদে। হুমিৎ কয়া, থা কয়া অস্থুন্না হৌখিরম্মী। রাধানা চৎগ্রবা হুংশিবহু হন্নকখিনি থঞ্জরম্মী। মহাক্না মথন্নায় শোক্না হায়জবদগী বডাই মথুরা তাম্না চত্তুনা কৃষ্ণগা উন্নরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক হনসি হায়বা য়ান্নমদে, মরমদি মহান্না রাধাবু মহাক্না মমাংঙৈদো লঙজখিবা মরালশিং অহুদনা থক ঙাকপীখিদে। অসিগী মথক্তা কংশবু নমথনবনা পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা মথৌ অমস্থ লৈরম্মী। মফম অসিদা মথা রারী য়াওবা লামায়শিং অহু মাঙখিবনা থংলোই লোইশিনখি। খুায়দগী চাউরবা মসিগী মতাং অসিবু রাধা বিরহ ( হুংশিবগা কাযনঙৈদা রাধাগী অৱা মৈচাক ) হায়না কৌই (১)মতাং অসি ঈশৈশিংদা য়াওন্নিবা ভাবতা মতুংদা হিরম অসিদা ইরকপা পদাবলী-শিংদা য়াওরিবহৌগা য়াম্না চুশিন্নরম্মী। য়ামদ্রবদা মতাংসিগী ঈশৈ থরদি তরানীপালগুবা

---

(১) মসিবু 'থণ্ড' হায়না পল্লমদে। মসি কবি মশা অমত্তনা ইন্নবস্থ অহানবদা ইতোপ তোপ্পা কবিতা অমা ওইনা লৈরম্বগুম তৌই। 'রাধা-বিরহ' হায়বসি গীতি কবিতাশিংগী অথন্নবা বিষয় অমা ওইনা ১৬গুবা শতাব্দীগী লাইরিক কয়ামরুম্মদা পল্লম্মী।

শতাব্দীগী অয়োইবা অমসুং মতুগী মতুং তাথরকপা ফাওবদা মীয়াম্না অতুম পাম্নখিরম্মী।

বাংলাগী ময়ায় মতমগী সাহিত্তাদা বড চণ্ডীদাসকী শ্রীকৃষ্ণকীর্ত্তন কাব্য নাট্য কবিতাগী অহানবা শক্তম উৎলকপনি হায়বা যাই। মসিদা স্পগী চরিত্র অহুমতমক য়াওই, অমসুং মখোযশিং অসিস্ ইমান য়াম্নবা মওংগী ওইবা অমসুং হাম্ননা শেমগ্রবা অতুদগী হোংদোকপা য়াম্রবা চরিত্রমক্তনি। তৌইগুম্বসুং কবিনা মখোযবু মওং অমদা অস্তম্না শেমগৎলম্মী। মত্নদি মখোয মথরায় মমি শুরবা মী ওইরম্মী। কৃষ্ণ লৈবাক মচা তাদবা অমসুং নমজা-নমথেকনবা মীশম্নি; মহাম্না মরক মরক্তা রাধা অমসুং বডাইদা মহাক অবতারনি হায়না হেক হেক নীংশিংহল্লবস্ত কনানস্ত মহাকপু লাইনি হায়না চপচানা লৌনরমদে। মহাক ইরাংদা তাউরিবা ইনথৎলকপদা মগায়রিবা মশাগী সুংগাইনবতা মথগবা ফলা-ফলগী করিস্ত নাচুংদবা পাথং অমনি। রাধাগী চরিত্র তাকপদনা কবিনা থম্না হেম্না হৈশিংবা উৎলি। মহাক্না করিস্ত খঙজরিবী ইনথৎ-লকপদা মগাইরিবী সুপীমচা অমনা মপুংফারবী সুপী অমা ওইরকপা ফাওবগী মমুংদা মাগী মপুক্লিংদা মথং মথং ওইরকখিবা মওংবু য়াম্না নিংথিনা তাকই। মথক্তা হায়গ্রিবা চরিত্র অনীসিনা পুরাণদা যাওবনি অতুগা বডাইদি পুরাণদা য়াওবা চরিত্র নত্তে। মহাক্কী মপুং ওইবা থৌদাংদি মতমতুদা চৎনরম্বা সাহিত্যদা (১) মীযাম্না পাম্নরবা অয়েংবা মীশিংবু নোকহম্নব দমক থম্বা চরিত্র অতু মথৌগী পাঙথোকপনি অতুবু ঐথোয়গী বডাইদি চুম্নগী নোকহন্ননবগী মথৌদাংতা মতৌবা চরিত্র নত্তে নত্রগা মরো চাউবী হম্নুবী অমা ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈখিবস্থ নত্তে। রারী হেক হৌগৎলকপদা মহাক ওইনিংবমা ওইজখিসন্ত ঐথোযগী পুক্লিংদো থাঙ্গৈশেংনা পালহল্লিবদি মহাকপু সুংশিনরিবা অনীমক্না লুনা-চাম্না লোইনৈ অমসুং রারী লোইদ্রিঙৈ মমুংদা মহাক্কী থম্মোয়দা পুমওন ওনবমা থোকখিবসিনি। লৌনম চাউরবা প্রেমিক্না মফম খঙদনা হুন্দোকপীরম্নবী রাধাগীদমক মহাক তশেংনমক রাবিরম্মী।

কাব্যসিগী রচনা শৈলী য়াম্না চুশিন্নে অমসুং য়াওরিবা ঈশৈগী শৈদানা নাটক্কী শরুকপু ফজহনবদা মথৌ শংই। ঈশৈ পুম্নমক বাংলাদা ই, ব্রজবুলিদা ইবা অমত্তা য়াওদে অতুমকপু ব্রজবুলি॥ রাহৈ-রাতা থরদি তোঙান তাবা মচেৎ থরদা য়াওবা উই।

(১) জ্যোতিরিশ্বরনী কর্ণ রত্নাকরদা কুটিনী (তৌওম্বী) অমগী মরমদা তেম্না ইবমা য়াওরিবহু বড়ু চণ্ডীদাসকী বড়াইগী চপচাবা চরিত্রনি। অসিগুম্বী চরিত্র অমসু বিদ্যাপতিগী গীতি কবিতা অমদা য়াওই।

চৈতন্য কৃষ্ণগী মরমদা শৈথাবা ইশৈশিং, থোইদোক্লা, জয়দেব, বিদ্যাপতি অমসুং চণ্ডীদাসনা ইবশিং তাবা পামজরম্বা হায়না মহাক্কী পুন্সি ৱারী ইবশিংনা হায়। মরম অসিদগানি চণ্ডীদাসকী মমিংবু য়াম্না শীংথানরিবা অমসুং অতৈ কবি অনীসিগী মমিংগা মহাক্কী মিংগা লোইত্নতা মরৈরিবা। চণ্ডীদাসকা ফিশুবী মুপী অমগা মুংশিনব অমসুং ইরোইতা মরোইনবগী ৱারী কয়ামরম লৈ। (মুপীসিবু তারা, রামতারা নত্রগা রামী হায়রবা অতাপ অতোপ্পা মমিং থোন্নরম্বী) তৌইশুদ্রসুং ৱারীশিং অসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী ময়ায় অতূরাইগী ওইনা তৌই। রানী লছিমাগা বিদ্যাপতিগা লোন্না প্রেম লৈনবগী ৱারীগুম্না রামীগা চণ্ডীদাসকা প্রেম লৈনবগী ৱারীসিম্ন থাজনিংঙাই ওইদে। চণ্ডীদাস তান্ত্রিক দেবী বাসুলীবু ইন্নাৎ জা তৌরম্বী হায়না অচুম্ববু ওইরবস্ন চুমদববু ওইরবস্ন থাজনখিবা অসিদগী মসিগী ৱারীসি থোক্লকলম্বা য়াই। বাসুলীগী লোইনবী যোগিনীশিংবু নিত্যা (বাংলাদা নেতা) কৌরম্বী বেহুলাগী ৱারীদা লাইগী ফিশুবী মুপী নেতা অমনা ওইরম্বী হায়না থেঙনগ্রবনি। ফিশুবী মুপী অমগা চণ্ডীদাসকা সাধন তৌমিন্নবগী অমসুং মুংশি-মুংওনগী অসুম্না মরী লৈনহনখ্রিবসি মথক্কী মরমসিদগী শোযদনা ওইগনি। মরমদি বৈষ্ণব তান্ত্রিক অমনা অথেঙবা মতমদা ইরম্বা কবিতা অমগী অহৌবা পরেংদা অসুম্না হায়—

নিত্যানা তাকপা মতুংইন্না বাসুলীনা (সহজ) তত্ত্বগী অথূপ্পা ৱাবু মঙোন্দা খঙহল্লম্বী।

চণ্ডীদাসকী মিংচৎনা বৈষ্ণব তান্ত্রিকশিংগী মরক্তা মরা চেৎনা তাররুবদা অমসুং মতম অসুম অসুম হৌথিবগা লোইন লোইননা, ব্রজবুলি ঈশৈশিংদা বিদ্যাপতিগী মমিং হাপচিন্নখিবগুম্না, কনাগুম্বা শকনাইবা অমসুং শকনাইদবা কাউনগ্রবা কবিশিংনা ইরম্বা শৈরেং অমসুং ঈশৈ কয়ামরুমদা মহান্না ইরম্বনি হায়দুনা মাগী মমিং হাপচিল্লম্বী। তরানিপালশুবা অমসুং তরামাপলশুবা শতাব্দীশিংদা শৈরেং থোমজনখিবা কাংবুনা চণ্ডীদাসকী সহি (ভনীতা) য়াওবা শৈরেং কয়ামরুম থোমজিনখিরম্বী। অসিগুম্বা শৈরেংশিং অসিগী য়ামথিত্রবা শরুক থজিক্তুং নত্তুনা অয়াম্বা শরুক্তি বড়ু চণ্ডীদাসকী নত্তে অমসুং থরা হেন্না লিবা অমসুং থৎনা ইবা ফজরবা ঈশৈশিং থরদা তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী শকনাইবা বৈষ্ণব কবিশিংগী মমিং য়াওরি। মসিদগী লেমহৌরিবা শৈরেংগী মশীং য়াম্নদি য়াম্বী হায়রবু সাধারণ ওইনা সাহিত্যাগী মগুণদি ইয়াও য়াওরমদে। চণ্ডীদাসকা মমিং মান্নবা অমসুং মান্নে হায়না হায়নবা অতোপ অতোপ্পা কবি কয়ামরুম লৈরম্বী। মথোয়সিগী মতুংদা শৈরেং মশীং য়াম্নদি ইবা অতুগা ওম্বোক্লা

হন্নবা মতংগী খুৎইদা ইবা কবিশিং খায়দোকপগা লেমহৌরিবা কবিশিং অসি মতমতুদা লৈরম্বা হায়বসিদা য়াম্না চিংনিংঙাই ওইবা চণ্ডীদাস অমসু 'দ্বিজ' (হায়বদি ব্রাহ্মণ) চণ্ডীদাস থেংনৈ। অতুবু হায়রিবা অহল ওইরবা কবি অসিনা ইরম্মী হায়না কোঙ্গোম থাতুনা হায়বা তারবফাওবদা কবিতা থজিক থক্তনি। অধ্যাত্ম পদদা ইবা চণ্ডীদাসকী মমিং য়াওবা কবিতাগী মশীং ওহোক্লা য়ামগ্রে। ময়ামসিগী মতুংদা থজিক্তং ফাওবা বড়ু চণ্ডীদাসনা ইখিবা যাওদে হায়বসু শোয়দনা লানগনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্তনদগী মহাক যোগগী মরমদা থঙনবা মী নত্তে হায়বসি ঐখোয়না থঙপ্রবনি। তৌইঙ্গমসুং ঈশৈশিং অসিগী পদশিং থেংথরকপা বৈষ্ণব যুগকী ভাবমক্তনা পিক থনগ্রে অমসুং মসিগা লোইন লোইননা বিদেশী শব্দ অমসুং মতমগী বাক্যাংশ কযামকম যানশিন্রে হায়বসিসু ঈশৈশিং অসিদগী থঙই। অদুগা মসিমসু ঐখোয় থঙনৈ তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী মরূওইবা বৈষ্ণব কবিশিং খরনা বৈষ্ণবশিংগী মরক্তা 'রাগাত্মিক পদাবলী' হায়না থঙনবা (হায়বদি প্রেম ভক্তিগী ঈশৈ) অধ্যাত্মপদ খরা অমসু ইরম্মী।

পৌরানিক বারীগী নত্তবা বিষয়বস্তুনা যুক্তম ওইরগা বর্ণনা তৌতুনা ইবা অচৌবা কাব্যশিংগী মতুংদা 'মনসাবিজয়' খ্ৰাইদগী অরিবনি। কাব্য অসি গঙ্গাগী নোংচুপ থংবদা পংলাপ লাপ্তনা তাবা খুঙ্গং অমদা লৈবা ব্রাহ্মন বিপ্রদাসনা মশাগী অমসুং মাগী ইমুংগী মরমদা থজিক্তমক ইরম্মী। অদুদগী কাব্যসি ইবগী মরম অমসুং তারিক (১৪৯৫) পীরম্মী।

বৈশাখ থাগী পানখৎলকপা তরানি পানবগী তুমিদাংদা লেত্তবিরক্না ঐগী নুখমদা ফম্লগা দেবীনা তাকপীরম্মী। মাবু শৈথাক্তনা শৈরেং অমা ইযু হায়বীরম্মী। অসিনি ঐ'গী পুরিংগী থৌইনশিন, অসি নত্তবমা থঙজদে ঐহাক। ঐনা ঐগী ইরান ঙাকপীনবা হাযজরি কবিশিংগী, গুরুশিংগী অমসুং অখঙ-অহৈশিংগী মফমদা অদুগা ইজে ঐনা ঈশৈসি দেবীগী মরমদা (মাগী জা পদ্ধতিবু ঙাক্লা।) ইখিবা-শক-চহী, সমুদ্রগী (৭), থা (১), বেদ (৪) অমসুং পৃথিবী (১) ([১]), নিংথৌ হুসেন শাহানা গৌড়গী নিংথৌ ওইনা পানখিবা হাক্তনি।

খুৎনা শিন্দোকপা লাইরিকশিং থেংথররুবা মতমগীনি অমসুং কাব্যসি ইবা মফম লমথৈদা মসিবু য়াম্না পায়খিবদগী হাপতোক-হাপচিন তৌরকপা থরুসু য়াওরে।

[১] অঙ্ক „ পীরিবা মশীং অসি য়েথলোমদগী ওইরোম্লা পাবদা পত্রেং অসিনা অরিবা শক-চহীদি ১৪১৭ নি—খৃষ্টকুম ১৪৯৫-৯৬

মৌইশুমক্তং হাপচিনবা শরুকশিং মরুপ মন্তাই মক্তনি অমস্থং য়েংবদস্থ ইরাই লাইনা হেক্তা মথঙই। মসিদা য়াওরিবা মনসাদেবীগী রারী লিরবা খুৎইগী রীতিদা অমস্থং অনিশুবা মথলগী অতোপ্পা অমস্থং কোম্না পুথোক্লকপা লাইরিকশিংদা থেঙনদবা মওংদা ইরম্মী। ইরিবা খুৎই য়াম্না চংমী অমস্থং অপান্নবা ফোঙদোকই অমস্থং রারীগী মশাদা য়াওরিবা হুংঙাইবগী রস থক হয়হন্দে।

লাইরেম্বী অসিমকপু শৈথাহনা ইবা কাব্য অমস্থ তরামঙাশুবা শতাব্দীগী মমৈগী চহী তরাগী মঙ্গংদা ইরম্মী হায়না কাংবু খরনা থাজনৈ। মসি বিজয় গুপ্ত॥ মনসা মঙ্গল হায়বহুনি। তৌইশুমক্তং লাইরিকসি শক ১৪১৬ তা (খৃষ্টকুম ১৪৯৮) ইরম্বনি হায়বসিগী প্রমাণ ওইবা য়াবা খুৎনা ইবা মচাক মথুম্নচিংবা অমত্তা ফংদে। লাইরিকসি সংস্করণ কয়ামুক থোক্লা থোক্লা ফোঙল্লে, ফোঙবা থুদিংগী সম্পাদকশিংনা চুমথোক-চুমশিন কয়া তৌরম্মী। মসিদা কবি অমস্থং শৈশকপা কয়াগী ভনিত্তা (সহি) য়াওরি। ইরিবা লোন য়াম্না আধুনিক ওইবা লোন্দানি। থ্বাইদ ফজবা অমস্থং লিরবা সংস্করণশিংদা লাইরিকসি লেংবগী তারিক য়াওদে; মসি অর্থ লৈবা রানি। তৌইশুমক্তং মসিদা য়াওরিবা ঘটনা খরনা অরিবা মচাক্তগী থোরকপনি হায়বা ত্তাকই। মসি ইবা কবি নোংপোক বঙ্গগী হাইথরকপা বরিশাল লমথৈগী মীনি।

অয়োইবা শাল নিংথৌশিংগী মতমদা রাজদরবারদা মহাভারত পাম্নবা হুংঙাইনবা অসি চৎনরম্মী। বাংলা ইতিহাসতা অমম্বা যুগ হৌরবা তুংদা অসিশুবা চৎনবী অসি হুসেন শাহাগী মথাদা পাল্লবা প্রাদেশিক শাসন কর্তা অমগী দরবারদা চৎনরম্বা ঐথোয়না থেঙনৈ। মরক অসিদা রাজদরবারদা মহাভারত পাবগী থবকসি কায়স্থশিংনা মথোয়গী শিন্থা ওইনা তৌরম্মী, ব্রাহ্মননা থিদবা য়াদে হায়বা লৈরমদে। রামায়ণদি ব্রাহ্মনশিংতনা পারম্মী। ময়ায় বাংলা সাহিত্যগী মতমদা মহাভারত্তগী লোথোক্তুনা ইবা রারী পুম্নমক্কী লেথকশিং কায়স্থ ঙাক্তা ওইরম্মী। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবদি শ্রীকৃষ্ণবিজয় লেংথিবা মালাধর বসু হায়বহু কায়স্থনি।

বাংলাদা মহাভারতকী রারী ইবা থ্বাইদগী অরিবা কবিসি পরমেশ্বরদাস হায়বা কবীন্দ্র (অথোইবা কবি) হায়না মিংথোল ফংখিবা অহুনি। মহাক হুসেন শাহাগী সেনাপতি অমস্তং চট্টগ্রামগী শাসনকর্তা পরগল খানগী রাজসভাগী কবি ওইরম্মী। কুরু পাণ্ডবকী লানগী রারী তাবদা চোকথবা লৈথিরবা পরগল খাননা হায়জবদগী কবিনা মহাভারতকী রারী বাংলা ছন্দদা ইরম্মী। হৌজিক ফাওবদা ছাপা তৌরিবা তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা খুৎনা ইরম্বা লাইরিক অসিদা মসিগী রারী তেনতক্লা

য়াওরি। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদগী থিদোক্না পুথোরক্লকপা লাইরিকশিংবু পামনবগুম মসিগী লাইরিকসিংসু য়য়াম্না অহুম পায়ে।

মপানা হিংলিডৈদগী হৌনা "থান মচা" হায়না শকথঙনবা পরগল খানগী মচাহুপা নসরা খানসু মপাগুম্না মহাকাব্য অসিবু্তা মপামলম্মী। নসরা লাম্নীগী লুচিংবা অমা ওইরম্মী। ত্রিপুরাদা লান্দারুবদা মমায় পারুকপদগী হুসেন শাহানা মাবু য়াম্না চাক্লম্মী। পরমেশ্বরনা ইবা কাব্যদা য়াওরিবা অশ্বমেধ॥ ৱারী তেনমরি হায়হুনা নসরা খাননা মহাক্কী সভাগী কবি শ্রীকর নন্দীদা জৈমিনি সংহিতাগী মথল মথেনগী বর্ণনাগা লোইনরবা অশ্বমেধগী ৱারীবু রূপান্তর তৌহনা বাংলা শৈরেংদা ইহল্লম্মী। শ্রীকরনা ৱারীগী অহোৱদা অস্মা হায় :

পণ্ডিতশিংনা লৈতেংলবা রাজসভাদা ফমল্লী নোংমা মপুকচেল চাউরবা খান ইকোই কোইশিল্দুনা মরুপ-মপিজাশিংনা। তারম্মী অহুগা পুরাণগী ৱারী মহাভারত, ঋষি জৈমিনিনা লেংবা। অশ্বমেধগী মতাং তাবদা পেল্লহুনা হায়খি খাননা সভাদা অস্মা, "ব্যাসনা লেংবা মহাভারত ঐখোয় পুম্নমক থঙলে অহুবু ঋষি জৈমিনিনা লেংবসিনা হেন্দি ফজবা। সংস্কৃত্তা ইরম্বসিনা মসিবু থঙনদে অয়াম্বনা। অহুনা তাবীরু কবি নখোয় পুম্নমক্না ঐনা হায়জবসিদা। ৱারীসিবু ইবিহুনা নখোয়না চৎনরিবা ঐখোয়গী লোন্দা শন্দোকপ্রসন্ন ঐগী মিংচৎ লৈবাক শিনথুংনা। ইকোক-থক্তা হাপচরগা মহাক্কী হায়জ-রা জপমালাগুম শ্রীকর নন্দীনা শকচরি লেংজরগা পাঞ্চালী কবিতাসিবু।

পরগল অমসুং মচাহুপা নসরা খান অনীমক সংস্কৃত লোনগী মহাভারতপু থিবদা (হায়বদা) অর্থ থঙবগুম তৌই।

তরাতরেৎশুবা পন্দুপ

## চৈতন্য অমসুং মহাক্কী ধর্মগী ঈহৌ

তরামঙাশুবা শতাব্দীদা অরাং ভারতা অকনবা নীতি-নিয়মগা লোইনবা ভক্তি সাধনাগী আন্দোলন অমা হৌরকলম্মী। মসিগী অহানবা হৌরকপগী মরম অহুম শুই :

(১) খৃষ্টকুম লাক্তি্রৈঙ চহী চা কয়াগী মমাঙদগী বাসুদেব কৃষ্ণগী ইরাৎ পূজা তৌনরকপা, (২) অকোয়বদা লৈরিবা খোইহী অমসুং শাস্পন পুম্নমক্কী ঙাকপী-শেনবীবা মপু ভগবান বিষ্ণুগী ইরাৎ পূজাগী চহনবী ঙাম্না গে৷ কৃষ্ণবু নীংনরকপা অমসুং (৩) হিংসা মপয়াও য়াওদবা অমসুং থরায়পানবা পুম্নমকপু হুংশিনা লোইনবীবা হায়বসিবু খোইদোক্লা কন্না ঙাক্তুনা অমসুং স্বর্গ কামনাগী করিম্ থম্মদবা মিৎয়েংগা লোইননা বাংলাদেশকী বৌদ্ধতান্ত্রিকশিংনা লোকনাথকী ইরাৎ পূজা তৌনরকপা মরমশিং অসিনি। অসিগুম্বা ভক্তিগী ঙাকফম থোকপা নিয়ম অহুম অসি মমতুনা লৈরম্বা চহীচাশিং অসিগী মনুংদা অমগা অমগা পূন্না তিন্নখিরম্বী অমসুং অসুম্না তিন্নখিবা ঈচেলশিনা তরাতরুকসুবা শতাব্দীদদি চাংজো পাখোক্লম্মী। সুফী সাধনানা আন্দোলনসিগী ঈহৌদা মচাক কয়ামুকসু পাংশিল্মী।

তরামঙাশুবা শতাব্দীদা ভক্তিবাদপু পাকশন্না শন্দোকহনখিবগী ঈচেল অনীথক শুরম্মী; মখোয়সিগী হৌরকফমগী মরুদি গুরু অনীথক্লা ওইরম্মী, মখোয়দুদি, স্বামী রামানন্দ অমসুং মাধবেন্দ্র পুরী হায়বসিনি। রামানন্দনা পাঙথোকখিবা থবক-থৌরমশিংনা বারাণসীদনি। মহাক্কী মতবাদ অদ্বৈতবাদকী মতুংইন্না (হায়বদি অশেম্বা মপুগা শেমদুনা পুথোরক্লিবা অদুগা তোঙান তোঙানবা নত্তে হায়বসিনি)। মহাক্না জাতিভেদগী লৈবিরা মওং হায়বদি ব্রাহ্মণশিংতনা শাস্ত্রনা তাকপা ভক্তি সাধনাগী অমসুং আধ্যাত্মিক মুক্তি ফংগনি হায়বসি য়ারমদে। রামানন্দগী শিষ্যশিংগী মরক্তা অতোনবা জাতিগী অমসুং শোরু-শম্নবা য়াদে হায়বা জাতিগী মীওই কয়ামকুম য়াওরম্মী। মহাক অমসুং মহাক্কী শিষ্যশিংনা শক-তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা ঈশ্বরগী (নিগুর্ন ব্রহ্ম) মিং 'রাম' হায়না খোরম্মী।

মমায়োন্দা ইতুনা আধ্যাত্মিক্কী ঈথৌলাংবসু কবিতাদা ফোঙদোকখিবসি সিন্ধু অমসুং পঞ্জাবকী (দিল্লীসু য়াওনা) সুফী কাংলুপকী মীশিংনা ইহান হানবা ওইরম্বা য়াই। রামানন্দ অমসুং মাগী শিষ্যশিং মখোয়গী খুদুং ইরম্মী। গুরু রামানন্দ

সংস্কৃতকী অচৌবা পণ্ডিত অমনি হায়বসিদা কবিরস্ চিংননিংঙাইদি লৈত্তে হায়ববু মহাক্না হায়জনীংলিবদি মীয়ামগী মফমদা ওইবা মরম্না মীয়াম্না ঙাংনরিবা মমারোনবু থাদোকপা য়ারমদে। কবির কৌবা মহাক্কী অথোইবা শিষ্যসি পোকপনা মুসলমানগী মপোক্তা পোক্লবা য়াই অদুগা কাংলুপ্তি ফিশাবশিংগী কাংলুপকী মীনি। কবিরনা ইবা ঈশৈশিং অমসুং শ্লোকশিং থরদা অনোবা ভক্তিরসকী ভাবপু থায়নগী যোগ সাধনগী মওংদা ওইনা ফোঙদোকই, অসুম তৌনা থায়নগী চর্যা ঈশৈগী চৎনরকপী মওংদু কায়দনা অদুম চখহল্লম্মী।

নোংপোক্নোমদা চৎনরবা বৈষ্ণব সাধনাগী কাংবুনা অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণবু (বালগোপাল) লাৎনরম্মী। ঐখোয়না খঙবদা মসিগী চৎনবী (মার্গ) অসি ইহান হান্না মাধবেন্দ্র পুরীনা হোদোকলম্বনি। বেদান্তী সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসী ওইরবসু মহাক্না মথুরাদা ফংখিবা অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমবু মহাক্না য়াম্না থরায় য়াওনা লাৎলম্মী। মথুরাদা বৈষ্ণব ধর্মগী কেন্দ্র অমা লিংথৎলম্বসি মাধবেন্দ্রননি। মফমসিদগী বৃন্দাবন্দা চৈতন্যনা হায়বদগী সনাতন অমসুং রূপ অনীনা কেন্দ্রসি হোংথিবনি। চৈতন্যনা বৃন্দাবন্দা ব্রজগী পুরাণগী ৱারীদা য়াওবা তীর্থস্থান কয়ামরুম পুথোকখিরম্মী। কেন্দ্র অসি হোংথিবগী মরম অতৈম্ব লৈরম্মী। মাধবেন্দ্রগী থবাইদগী অথোইবা শিষ্য ঈশ্বর পুরী হায়বসি গঙ্গা মপান্দা তাবা কুমারহট্টদা (কলকাতাদগী অৱাংলোমদা মাইল ২৫ লাপ্না লৈবা মফম অমনি) লৈবা মীনি। মহাক চৈতন্যগী গুরুনি। গুরু অসিনা ইচং থৌরবা অমসুং মখোঙ শেংনা হোৎরক্লবা মথোন কায়রকপা পণ্ডিত চৈতন্যবু থোৎ নৌরবা অমসুং মাগা হেক নক্রক্লবা মীওই থুদিংমক্কী থম্মোয়বু শুমহৎপা ওয়া ভক্ত অমা ওইহনখিরম্মী। চৈতন্যগী থবাইদগী হেন্না মী থোনবা ওবা লোইনবা অনীদি আদ্বৈত অমসুং নিত্যাইনন্দ হায়বসিনি। মখোয় অনীমক ব্রাহ্মণ্নি অমসুং মঙোন্দগী চহী য়াম্না হল্লম্মী। মখোয় অনীমক মাধবেন্দ্রগা য়াম্না চান্নরা তিন্নরম্মী। মাধবেন্দ্র চাংনাইনা মথুরাদগী থা ভারতলোমদা হেক হেক চৎলম্মী অমসুং হল্লকপা মতমদা মাগী ইষ্টদেবগীদমক জা চন্দন পুরক্লম্মী। অসুম তৌনা মাধবেন্দ্রনা থা অমসুং অৱাং ভারত অনীগী ভক্তিগী ঈচেনবু তিন্নহল্লম্মী। মহাক্না অসুম্না চখোক-চৎশিন তৌবসিদা মালাধর বসু হায়বা বাংলাদা ভাগবত পুরাণ ইহান হান্না ইখিবা লেখকসিগা উন্নরমগনি হায়না থাজনবসু য়াওই।

মাধবেন্দ্র লাইরিক্তি ইরমদে হায়বসু শ্লোক থরদি সংস্কৃতা ইরম্মী। মহাক্না শিরমদাইদা থিরম্বনি হায়না থাজনবা শ্লোক অমদি য়াম্না চঙথো ত্রি। ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা মাগী নৌরবা ভক্তি প্রেম শ্লোক অসিনা থাজনা তাকই।

'তোল্লববু থোক্তাফখিবা হে প্রভু, মথুরা ইবুংঙো কৈদোঙৈদা পীনবীনি মনাইদা নঙগী দর্শন ?' হে হুংশিথোইবা নঙবু উদবগী মৈচাক্কা কারে থম্মোয়সে, লূপথরক্কে। কররিনো হৌজিক তৌগদোবা ননাইনা ?

গৌড়গী (বঙ্গদেশকী) বৈষ্ণব সাধকশিংনা ভাগবত পুরাণদগী ভক্তি মার্গগী লম্বী অসিনি হায়না খঙলকপদগী অহানবা হৌরকফম মকুশি থা-ভারতলোমদগীনি (কর্ণাটকদগীনি) হায়না থাজনৈ। মসিগী মরমসি কর্ণাটকতগী লাক্তুনা মিথিলাদা খুন্দাক্তুনা লৈরকবা অমসুং মখোয়গী মরক্তা মিথিলাগী কোহুংদা অচৌবা ফম ওইখিবা কাংবু অসিনা বাংলাদেশতা পুরকখিবা মাল্লি। হুসেন শাহা, য়াম্না থাজনা থমবা অমসুং অচৌবা ফম পায়খিবা সনাতন অমসুং রূপ কৌবা মচিন-মনাউ অনী লৈরম্মী। মখোয়গী মপা-মপুশিং কর্ণাট ব্রাহ্মণনি অমসুং ঐখোয়না খঙই মখোয়না চৈতন্যগা উররিবৈঙে মমাঙদা ভাগবত মতকী বৈষ্ণব ধর্মদা মপুক্নিং চঙলম্মী। তরামণ্ডাক্তবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকলা মতমদা বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ভাগবত চর্চা শান্তিপুর অমসুং নবদ্বীপতা তৌনখিরম্মী। হায়রিবা মফমশিং অসি ব্রাহ্মণ সাধকশিং অমসুং সংস্কৃত লোনগী তমফম ওইরম্মী। রাজসভাগা মরী লৈনবা পুন্ডিদা অরাংবা থাক য়ৌনিংবা পণ্ডিতশিংনা গৌড়দা চৎপা ওম্নরম্মী। মরমদি মফমদুগী রাজসভাগী চৎনরিবা ঈরাংগা অমসুং মীরৈবাক্কী মীশিংগা তিন্ন-তোৎনকুবা মীশিংবু থম্বায়না য়াম্না হক্তোইনা লৌনরম্মী।

চৈতন্য (নত্রগা মযুমদা লৈরিঙৈদা কৌথিবা মাগী অশেংবা মমিং বিশম্ভর) খৃষ্টকুম ১৪৮৬ মার্চ থাদা নবদ্বীপতা পোক্লম্মী। মচিন-মনাউ অনীগী মহুৎদা মহাক্কা অতোপ্পনি। মাবু পোকপা মপা জগন্নাথ মিশ্র অহানবদা অরাং-নোংপোক বাংলাদা (শ্রীহট্ট:) লৈরম্মী। মাবু পোকপী মমা শচী আদ্বৈত আচার্য হায়বা য়াম্না মচিন চৎপা অমসুং অচৌবা পণ্ডিত শ্রীহট্টগী লাকপহ্না শিষ্যা ওইরম্মী। ময়াম্বা বিশ্বরূপনা চৈতন্যদগী চহী তরা নত্রগা তরানিথোইরোম হৎরম্মী অমসুং ছাত্র অমা ওইরম্মী। মসি খঙবদগী মপানা মাবু লুহোংবিনবা শেমশারম্মী। আধ্যাত্মিক্কী ভাব মশাদা চুশিনহ্নুনা অমসুং মযুম থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী অমসুং সন্ন্যাসী ওইখিরম্মী। মসিনা মপা মমাগী মকমদা কল্লবা চৈনা অমা পীরম্মী মরমদি পণ্ডিতকী লক্ষণ লৈরবা মচানুগী মরমদা মখোয়গী আশা য়াম্না চাউরম্মী। মখোয়না মচানুপা অতোপ্পা অসিবু অহানবদা স্কুলদা থারমদে, মরমদি সংস্কৃত তম্নগা মখোং হক্কবা তৌরকপা য়াই হায়না খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং থরা কেথোক্লা

য়োকপ্পবা মচাহুনা হন্না হন্না হায়জনরবদা মপাহ্ন য়াদবা ঙম্নমদে। লাইরিক-লাইসু তম্বহুনা মাগী থবক্তা করিম্ন থোইদোকপা অহোংবা থোকহনখিদে। চৈতন্য মযুমদগী অহুগা মপান্বম্ন ঙকচাউথেকপা অঙাং ওইনা তৌরমী তৌইগুবসং কুচু-কুমেন ফজরবা, মশক মতৌ চঙথোক্লবা অমসুং মী খোনবা মাগী লমচৎনা মী পুম্নমক্কা মাবু লুনা অহুম তৌরম্মী। মচাহুপা অহন্না ময়ুম থাদোক্লুনা চৎপ্রবা মতুংদা জগন্নাথ পংকুই কুইনা লৈরমদনা নোঙ্গাখিরম্মী অমসুং মপানা লৈখিদবসিনা চৈতন্য মাখলদা তপথদবা পোকহল্লম্মী। মথক্লায় য়াওনা বুদ্ধি লৌশিং তানশিলম্মী। মতম খজিত্তংগী মতুংদা ব্যাকরণ হৈবদা অমসুং সাধারণ পণ্ডিত অমা ওইনা চৈতন্যবু শক-খঙনখিরম্মী।

চহী তরাত ক শুরকপদা চৈতন্য য়াম্না তপচবী, বুদ্ধি লৌশীং লৈবী অমসুং মশানম্ন পামজবী লক্ষীপ্রিয়া, কোবী মুপীমচা অমবু লুহোংহুনা লৌরম্মী অমসুং মহাক্কা মশাগী স্কুল অমা লিংখৎলম্মী। মসিগী তুংদা মহাক নোংপোক বঙ্গ তাম্না চত্তুনা শ্রীহট্টা লৈবা মপা-মপুগী য়ুমকৈনচিংবা য়েংলম্মী অমসুং মফমতুদা লৈবা মপা-মপুশিংগী ইনাককৈরাক খুনবা শিষ্যশিংগা উন্নরম্মী। ময়ুমদা হল্লকপদা মাগী অঙাং ওইরিবী মুপী মহাক্কা চৎখ্রিঙদা লৈখিদ্রে হায়বা খঙলম্মী। মতম খরা লৈরগা চৈতন্য অমুক হন্না য়ুম পাম্নবা মমানা তক্লরম্মী। মহাকী অনৌবা মুপী বিষ্ণুপ্রিয়া নবদ্বীপকী ইনাক কৈরাক খুনবা অমসুং মচিন চৎপা ইমুং অম নিংঙোম্মি। অনৌরকশুবা লুহোংবা অসিগী মতুং পংকুই কুইদনা মপাগী কর্ম পাঙথোকলুনবা গয়াদা চৎলম্মী। মফমতুদা মাধবেন্দ্র পুরী॥ শিষ্য ঈশ্বর পুরীগা থেংনরম্মী। ঈশ্বর পুরীগী আধ্যাত্মিক জ্ঞান অহ্ উবদা শুমহৎখিহুনা চৈতন্য মঙোন্দা দীক্ষা লৌরম্মী। চৈতন্যগী পুন্সিদা মসি অর্থনা থল্লবা থোদোক অমনি। মথোক কারকপদা ঙাইরিবা, ব্রাহ্মণ মচা মুংঙাই-য়াইফনা পুন্সি লেল্লিবা, নবদ্বীপকী নহা ওইরিব। পণ্ডিতশিংনা মথোয়গী লুচিংবনি হায়না ব্যাবহার তৌনরবা, মাগী ফজরবা মশক-মতৌনা অমসুং চঙথোক্লবা বুদ্ধি লৌশিংনা মী পুম্নমক্কা লুনা চাম্না তৌরিবা, চৈতন্য হৌজিক্তি আধ্যাত্মিকী ওইবা মাখলদা পুমলুপ লুপ্পবা মী অমা ওইখিরম্মী। চৈতন্য বৈষ্ণবশিংগী শেংলবা তীর্থস্থান মথুরাদা চুমথ্রিং চৎনিংলম্মী। অতুবু মাগা লোইনরিবা মরুপ-মপাংশিংনা হায়বদগা ময়ুমদা তেক্ত-কায়দনা হন্নরম্মী। মতম অসিদা মহাক নিমাই পণ্ডিত হায়না খরনা খঙনরম্মী। নিমাই পণ্ডিতনা অম্নম্না ওল্লকখিবা ভাব অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম চৎপা মাগী মরুপ মপাংশিং, য়ুমলোন-কৈরোম্নবশিং অমসুং মাগী ফলনবা খল্লবশিং অমসুং নীংঙক-নীংঙকপদা মতৌবা নহা অঙাং ওইরবসু মহাকপু লুনা অহুম ম.তৌখিবা মমাব অশিবু পেলহল্লম্মী। নবদ্বীপকী অরোৎপা বৈষ্ণব কাংবু হায়না শাবা কাংবুসিনা

চৈতন্যবু মখোয়গী লুচিংবা ওইনা য়াওরম্মী। মহাক্কী অহানবা শিষ্যশিংগী মরক্তা হান্না মাগী ছাত্র ওইরম্বা হৌজিক্তা মহাক্না মখোয়বু লাইরিক-লাইস্থ তম্বীবা ওন্থরবা অতুওম্বা মীওই কয়ামুক য়াওরম্মী। চৈতন্য অমসুং মহাক্কী খোঙলোইশিংনা কৃষ্ণ বিষ্ণু তোঙান-তোঙানবা মমিং থোনবা লাইশিংবু পূজা তৌনফম ওইবা লাইনি হায়না লৌরম্মী অমসুং মখোয়গী নাম্বু মখোয়না পুক্নিংথোকপা শোন-শিন্নদুনা কীর্ত্তন ঈশৈ শকমিন্নরম্মী। খুদাই মীয়াম পুন্না পূজা তৌমিন্নবগী চৎনবী 'সংকীর্ত্তন' (মীয়াম পুন্না ঈশ্বরগী নাম শোনমিন্নবা) চৈতন্যনা অহানবা হৌদোকখিবদুগী মসিনা অহানবা হৌগৎলকপগী মওংনি। মসি অমরোমদা ঈশ্বরবু পূজা তৌবগী মীয়ামগী অধিকার লৈ হায়বসি নাকোইননা মীয়ামদা থওহনবনি। ভগবৎনাম সংকীর্ত্তনগী অনৌবা মওং অসিবু খুদাইনা য়াম্না পাম্নরম্মী। মী য়াম্না পুন্দুনা সংকীর্ত্তন শকপদা য়াম্না চম্বাংনবদগী চৈতন্য অমসুং মাগী খোঙলোইশিংনা য়ুমলোম্নবা, চহীদা মঙোন্দা হনবা অমসুং ইমুং-মনুংগসু লোইনরকপা শ্রীবাস পণ্ডিতকী য়ুমদা অহিং অহিংদা সংকীর্ত্তন তৌদুনা ঈশ্বরগী নাম শক শোল্লম্মী। ঙুংথিন্দা লম্বীদা কোইচৎ চৎতুনা কীর্ত্তন (১) শক্লনবগীদমক নিত্যাইনন্দ অমসুং হরিদাসতা শিন্নরম্মী। মাবু ঙুংশিবা মীশিংনা মসিদা য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মখোয়না চৈতন্য হায়বা ব্রাহ্মন অসে গৌড়গী নিংথৌ ওইগনি হায়না চিবোন চিবোন ঙাংনরম্মী। চৈতন্যবু ঙংশিদবা কাংবুনা অহম্না ঙাংনবা চিংথোক অসিবু অচৌবা ৱা ওইহন্দুনা লম অতুংগী কাজীদা (মুসলমান মেজিস্ট্রেত্তা) পাউথু হঙ্গিল্লম্মী। মসিগী মতুংদি লম্বীদা সংকীর্ত্তন শকপা থিংলম্মী।

তৌইগুম্বসুং চৈতন্য অসিগুম্বা অন্যায় ওইবা অথিংবা অসিবু লৌরমদে। কাজীবু শীংনদুনা চৈতন্যনা নবদ্বীপকী লম্বী শোয়েংতা মীয়ামগী অচৌবা সংকীর্ত্তন কাংবু অমা পুদুনা নাম শোন্দুনা চৎলম্মী। কাংবু অসি মী অসুম অসুম য়াওশিল্লক্লুনা য়াম্না চাউরম্মী অমসুং মখোয়না শহরগী মফম খুদিং ঈশ্বর নাম শোন্দুনা কোয়কল্লগা অরোইবদা কাজীগী য়ুমদা লাক্লম্মী। অচৌবা মীয়ামতুবু অমসুং মখোয়গী হল্লোইদৌবা থৌনা মতাম্থু উবদা কাজী থককংথিরম্বী অমসুং ইমুংদা খোঙ লোনশিন্দুনা লোৎলম্মী। চৈতন্যনা মহাকপু কিদনবা করিসু তৌরোই হায়দুনা কৌথোক্লম্মী। চৈরাক ফংলবা মী অমগুম কাজী খোকলক্লুনা মহাক্কী মন্নান ঙাকপীনবা হায়জরমগী অমসুং খুদক্তা

---

(১) কীর্ত্তননা সংকীর্ত্তনগী থেন্নবসি কীর্ত্তন শকপদা মতেং পাংবা য়াওজবসু য়াওজবসু মী অমতনা পাঙথোকপা য়াই।

মহাক্না থিংখিবা হুকুম অদু লৌথোকলম্মী। হাক্তক অসিদগী চৈতন্য নবদ্বীপকী মীথোই-মীহেনবা মীশক অমা ওইখিম্মী। ভারতকী ইতিহাসতা মসি অসহযোগ আন্দোলনগী অহানবা থৌদোক নি হায়রবা যাই।

চৈতন্যগী মফমদা হৌখিবা ঈশ্বর প্রেমগী মৈরীক অসিনা মমাংদগী থক খেঙনখিদ্রিবা অচৌবা মৈরা অমা ওইরক্লম্মী। মরম অসিনা মাগী মতুং ইনবা ভক্তশিংনা অমসুং মহাকপু য়ানিংবা কাংবুশিংনা চৈতন্যবু অবতার অমনি হায়না থাজবদা করিস্ু ঙকনিংঙাই নৈতে। তৌইগুবসুং চৈতন্য মশাদি অবতার ওইবা ওইদবগী ৱাদা করিস্ু থওইরমদে। মহাক্না পাঙথোক্কে তাক্লিবদি খ্বাইদগী তোঙ্গবা মী ফাওবা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈবা মী ওইহনবা য়াবসিনি। মথোয়না মী পুম্নমকপু সমাজনা থাম্লিবা পল, রাজনীতিগী অকা-অয়বা, জাতি ভেদগী অমসুং ধর্মগী শাস্ত্রগী ৱাদা থাজনবা পুম্নমক অসিগী মনাং মথা তমহন্নীংই। মঙোন্দা ব্রাহ্মণ পুরোহিত অমগা তোজবা য়াইশিংপা অমগা মী অমা ওইনা করিস্ু খেন্নরমদে, মরমদি মথোয় অনীমক ঈশ্বরগী মফমদা তুংনফম ওই অমসুং ঈশ্বরনস্ু মথোয় অনীগী মফমদা লেঙদনা লৈ। মহাক্না থাজখিবদি মী অমগী মশাদা য়াওরিবা ঈশ্বর শক্তিগী পিরবা মৈরীক অদু মৈরী থোকহন্নবগী খ্বাইদগী করবা অমসুং লাইরবা থৌদোদি মী মহাক্না ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধাগা লোইননা তৌজন্না, ভক্তি তৌদুনা অমসুং ওইজবা পুম্নমক থাদোক্না নাম শোঙবা হায়বসিতনি।

চৈতন্যগী হেক ভমথংদা খ্বাইনা সম্মান তৌনরবা নিত্যাইনন্দনা কাংবু অসিদা য়াওরক্লিঙৈগী মমাংদা চৈতন্যগী ধর্ম অসিবু শন্দোকহনবদা অচৌবা মতেং পাংখিবদি অদ্বৈত আচার্য হায়বা চৈতন্যগী থৌদোকশিংগী অশিন-অরাং তৌবা অসিগা অমসুং মুসলমান সুফী ওইরম্বদগী বৈষ্ণব ধর্ম লৌখিবা অমসুং য়াম্না অচঙবা মীশক অমম্ু ওইবা হরিদাস অনী অসিনি। ভক্তিগী ঈহৌনা নবদ্বীপ পুম্নমক তাউথোক্লম্মী। কাজীবু নমথরবা তুংদা চৈতন্যনা পাঙথোকখিবা থৌদো অমদি জগাই-মাধাই কোবা মরমচং ফত্রবা থিংচা-য়াইতস্বগী অমসুং আইন-বিধি থঙদবা পুন্সি মরেন্দা হৈনরবা ব্রাহ্মণ মচিন-মনাউদা বৈষ্ণব ভাব পোকহনখিবা অসিনি।

মশাগী চহী কুনমরী ওয়কপদা ( খৃষ্ট কুম ১৫০৯ দা ) চৈতন্য য়ুম্বান পুন্সি থাজোক্না সন্ন্যাসী ওইখিরমী। বৈষ্ণব সন্ন্যাসী অমনা চিকনা ইঙনা লৈবদা মতিক চারবা অমসুং ধর্মগী শেংলবা তীর্থ মফম ওইরবা পুরীদা মহাক লৈখিরম্মী। মতমশিংদা উরিষ্যা মুসলমানশিংনা লোই চনমদ্রি। মহাক চহী তরুক চুপনা ভারতকী অরাং লোংচুপ অমসুং থা মায়কৈশিংদা লৈবা তীর্থ মফমশিংদা কোয়াকচং চংলম্মী।

মহাকী অহানবা মথুরাক্লোমদা চৎপগী থৌরাং গৌরগী মনাক্তা তাবা মাঙমেন্সী ফাওবা লাক্লগা তোকপা তারম্মী, মরমদি বাংলাদগী লাকপা চাউরবা মীয়ামগী মপৈ অমনা মতুং ইন্নরক্লম্মী। মফম অসিদা সনাতন অমসুং রূপ মচিন-মনাউনা মহাক্তা অহানবা ওইনা থেংনরম্মী। মীয়ামনা মহাকী মতুং ইল্লক্কনবা চৈতন্যনা মথংগী তীর্থ কোয়বগী থোঙচত্তা মহাকনা ময়ূরভঞ্জ অমসুং ঝাড়খণ্ডগী ভুকলবা উহুং-ক্লাচুং ফাওদুনা বারানসী, প্রয়াগ অমসুং মথুরা তাম্না চৎলম্মী। বৃন্দাবন্দা অশেংবা তীর্থস্থান থম্না মহাকনা পুথোক্লম্মী অমসুং মফমদুদা বাঙালী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী কেন্দ্র অমা লিংথৎলম্মী। মহাকী মমাঙদা মাধবেন্দ্রনা মথুরাদা কৃষ্ণ পূজা তৌবা হৌদোকলম্মী। হল্লকপদা প্রয়াগতা রূপকা অমসুং বারাণসীদনা সনাতনগা উম্নরম্মী। মতমদুদা মচিন-মনাউ অনীমক সুলতানগী কর্মচারী ওইরম্বা থাদোক্লুনা বৈষ্ণব সন্ন্যাসী ওইথিরম্মী। চৈতন্যনা মচিন-মনাউবু বৃন্দাবনদা চৎলগা মফমদুদা বৈষ্ণব ধর্ম শাস্ত্রগী ওঝা ওই নবা হাযরম্মী। বৃন্দাবনদা চত্রিনৈংগী মমাঙদা চৈতন্যনা থা ভারত, দাক্ষিনাত্য অমসুং গুজরাট শিনথুনা কোয়রম্মী। মসিগী থোঙচৎসিদা উরিষ্যা নিংথৌগী প্রতিনিধি রামানন্দ রায়গা গঙ্গামদা মহাক্তা উম্নরম্মী। রামানন্দ মহুংদদি অচেৎপা বৈষ্ণব ওইরম্মী। পুনসিগী অরোইবা চহী তরানীপালগী মহুংদা (১৫২৫-৩৩) মহাক পুরী থাদোক্লুনা অতৈ মফমদা থক চৎলমদে। চৈতন্য মূর্তিগী মন্দিরদা চৎলগা গরুড়-মুখীগী মনাক্তা লেপ্লুনা দেব মূর্তিবু পুং কয়া চুপ্পা মমিৎ অনীমক্তা মপি শিন্থদুনা দর্শণ হেক হেক তৌরম্মী। মমদা হৎকলগা মহাকী হংশিজরবা মতম শাংনা কায়নবগী থাঙফম থঙ্গ্রবা থায়না মৈচাকপু অঙাং ওইরিবৈগী মরূপ গদাধর পণ্ডিতনা থিবা ভাগবত অমসুং দামোদরস্বরূপনা শকপা কবি জয়দেব অমসুং অতৈ কবিশিংগী কৃষ্ণবু শৈথাবা ইশৈশিং তাদুনা লেম্মী। অহিং কয়া অরাবনা মুংথংনদুনা কপ্পুনা লেনখি। চহী খুদিং রথ যাত্রাগী মতমদা বাংলাদেশকী থাম্ন থাম্নবা মফমশিংদগী লাকপা মাগী মরূপ মপাংশিং, তুংইনবশিং অমসুং ভক্তশিং পুরীদা লাক্লুনা তিম্নম্মী অমসুং মথোয়না চৈতন্যগা থা মরী চুপ্পা হংঙাইনা লেনমিন্নরম্মী। চহী খুদিং অহুম্না তীর্থ কোয়বা লাকপসিদগী বাংলাদেশকা উরিষ্যাগা থোইদোকনা নকশিন্নখিরম্মী।

মরকসিদা চৈতন্যবু লাইনি হায়না লৌনরম্মী অমসুং অয়াম্বনা অবতারনি হায়না থাজনরম্মী। মহাকী তুংইনবা অদ্বৈতনচিংবা ভক্ত থরনা গৌরাঙ্গ (চৈতন্যবু মুখান শুনসিদা কৌনখিবা মিং অমনি, মাহৈগী অচাবা অর্থদা কুচু তৌবা হায়বনি) লাংপা হৌরম্মী অমসুং মহাকী মূর্তিবু উনা শাদুনা বাংলাদেশকী মফম কয়াদা লাংপা

অথাক্ত কনবদা উপাদগী হেন্না
মথাগী শক্তিদুনা কাউথোকপা
মীগীদুনা হেন্না শাংথাবনা
শোনগনি হরিগী নাম মীওইবনা।
লনথুম, ইনাই-ইশন, ফজবী মপী, কবিত্ব শক্তি,
পামজদে অমত্তা ননাইনা, হে জগৎকী মপু।
মপোক মপোক খুদিংদা নঙোত্তদা চঙজবা পীনবীয়ু হে ভগবান।

হে নন্দগী মচা, ননাইনি ঐসে তাউরিবা য়ানা সংসার সমুদ্রদা।
থোজানবীয়ু ননাইদা, থবীয়ু ননাইবু
নঙগী নথোঙ থৱালথাদা উকুল মরীক ওইনা।

ইমিত্তা পীরাং পরেং শিন্থ,
য়াথন্না যুনবনা থোঙ্গেলবু থোক্ত,
হকচাং পুম্বা ভনীক ভনীক, হুংঙাইবনা থুমহৎ
কৈদোউঙে অহুম তোগনি (ঐ)
নঙগী নামবু শোনবদা ?

মিকুপ্পনা ওইরেদো যুগ অমা।
ঐগী ইমিৎ অনী মাক্সে নোং পুবা লৈচিন।
জগৎ পুম্বা পুমহাং হাংলে।
তোঙান তাইহল্লে ঐবু ঐ॥ ভগবানদে।
চেৎনা কোনবীগনি মানা ঐবু নত্রগা
খুয়াথাদা থবীগনি ঐবু মাগী।
লেংবীথিবসু য়াই ইনাক্ত॥ থুগায়হনা ঐগী থম্মোয়।
মপুক লেপ্তবা হুংশিবগী শাজন্তা তৌসত্ব তৌমীংবতা,
অদুবু মহাক্তনা মপুজি ঐগী থম্মোয়।

চৈতন্যগী মতুংদা বাংলাদেশকী বৈষ্ণবশিংগী থ্বাইনা য়ানরুবা লুচিংবশিংদি অবৈতঅমসুং নিত্যানন্দনি। নিত্যানন্দনা চৈতন্যদগী চহীদা অহল্লি অমসুং চৈতন্যনা

থূপপ্রবা মতুংদা মহাক চহী তরা নত্রগা তরানীথোইরোম কোম্বনা হিংহৌরম্মী। নিত্যানন্দ অভাং ওইরিভৈদগী হৌনা লাইপোক ওইনদি তৌবগা মপুক য়াংবা মীওক অমা ওইনা হৌরকম্মী। অভাং ওইরিভৈদা মযুম থাদোক্তুনা যোগী অমগা লোয়ননা মহাক অরাং ভারত শিনথুংনা কোয়রম্মী। অমুম্না চৎপা থোডচন্তা মহাক মাধবেন্দ্রগা থেংনরম্মী অমসুং গুরু অসিগী ভক্তি ধর্মগী প্রভাব মপাদা চুপশিনখিরম্মী। মহাক্কী থোডচৎ নবদ্বীপতা লোইথিরম্মী অমসুং মফমদুদা মহাক্কা চৈতন্যগা উম্নরম্মী। চৈতন্যনা নিত্যানন্দগী কা হেনবা শাক্তভু তৌদনবা কন্না হোৎনরম্মী, তৌইগুম্বসুং মপুং ফানা মহৈ য়াল্লমদে। চৈতন্যননা মহাকপু হেক পোকমিন্নবা মরাম্বনা মযুমদা হল্লকপগুম লৌশিল্লম্মী। অসুম তৌবসিনা মহাক চৈতন্যগী হেক ঙমথংদা লৈবা বৈষ্ণবশিংগী লুচিংবা অমগুম থাইনা লৌনরম্মী। চৈতন্য পোকপা মতমদা অদ্বৈত মপাগী চহী য়াম্মৈ গুরম্মী (অমসুং মহাক নিত্যানন্দ থূপপ্রবা মতুং ফাওবা হিংলম্মী)। মহাক নিত্যানন্দগুম নীংঙক নীংঙকপা তৌবা অমসুং ইপা পাথৎপা মী নৎলমদে। মতমদুগী শকনাইবা পণ্ডিত অমা ওইখিবা অদ্বৈত চৎনরকপী রীতি-নীতিবু পুম্নথা থাদুনা হরিগী নাম শোন্দুনা মফম থুদিং কোয়চৎ-চৎপা হায়বসি মপানা তাবা ঙমফম থোক্তবা বানি অদুবু নিত্যানন্দদি মদু ইরাই লাইনা তৌরম্মী। মসিদগী সাধারণ মীয়ামগা মহাক্কা থোইদোকনা নকশিন্নরম্মী। মরম অসিনা চৈতন্যনা থূপপ্রবা মতুংদা চৈতন্যগী ঙমথং লুচিংবনি হায়না ময়াম্না য়ানরম্মী। অদ্বৈতগীসু মচিন চৎপা মরূপ মপাং অমসুং শিষ্য কয়ামরুম লৈরম্মীদি হায়ববু নিত্যানন্দগীনা মশীং হেন্না য়ামলম্মী অমসুং মথোয় অয়াম্বা বাংলাদেশকী অতোপ অতোপ্পা মফম-শিংদগী লাকপা ঙাক্তনি। নিত্যানন্দ অমসুং অদ্বৈত অনীমক থূপপ্রবগী তুংদা বৈষ্ণবশিংগী লুচিংবা ওইখিবসি জাহ্নবা দেবী অমসুং সীতা দেবী অনীসিনি। অনীসিগী মতুংদা জাহ্নবা দেবীগীনা তুং ইনবা মশীং য়ামলম্মী অদুগা সীতা দেবীগনা য়ামলমদে। জাহ্নবা নিত্যানন্দগী হুপী অতোম্বীনি, সীতা দেবীনা অদ্বৈতগী অতোম্বীনি। মথোয়গী মচা মচাশিংনা বাংলাদেশতা গুরু অনীনা লুচিংবা তোঙান তোঙানবা মপুং ওইবা বৈষ্ণব ধর্ম অনী থোক্লা পুথোক্লম্মী। অনীসিগী মরক্তা থেন্নবা থঙনবগী খুদম হায়ববু "গোস্বামী" হায়বা য়ুমনাক্কী মমিং অসিনি। অদ্বৈত অমসুং নিত্যা-নন্দনা চৈতন্যবু পূজা তৌবদা য়ামনা চমনা তৌননবা হোৎনরম্মী। মসিদা নিত্যানন্দগী মত ইনবশিংনা খুৎশেম অমগা হাপচিল্লম্মী। মথোয়না চৈতন্যগা নিত্যানন্দগা পূন্না লাৎমিন্নগদৌবনি হায়না হৌদোক্লম্মী। অসুম্না মী ওইনা পোকপা মীওই অনীবু পূন্না পূজা তৌবগী চৎনবী অসিবু য়ানিংদবদগী বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিং,

সনাতন, রূপ অমসুং জীবনা ( ৫ ) লুচিংজুনা, কৃষ্ণ অমসুং রাধা অনী পূন্না লাৎমিন্নবগী চৎনবীসি হৌদোক্লম্মী। মসিগী মমাঙদদি কৃষ্ণগী মূর্তিতমক লাৎনরম্বনি। বাংলদেশতা রাধা কৃষ্ণ লাৎপগী চৎনবী ( চৈতন্য অমসুং নিত্যানন্দ লাৎপগী মমাংদা য়ানরবা চৎনবীসিদগী পুমতোং তোঙানবা মওং ) অসি অদ্বৈত অমসুং নিত্যানন্দগী মচা-মতুশিংনা মরু ওইনা হৌদোকখিবনি।

চৈতন্যনা থূপগ্রবা মতুংদা সনাতন অমসুং রূপ অনীনা বৃন্দাবন্দা বৈষ্ণবকী শাস্ত্র বিধি তম্নবগী মফম অমা লিংখৎলম্মী অমসুং মফমদুদা ভাগবত তমগদোবনি হায়না লেপ্লম্মী। মখোয়না চৈতন্য অমসুং নিত্যানন্দ অনীগী ধর্মগী বিধিশিং য়ারমদে। মখোয়না বৈষ্ণব ধর্মগী মরমদা কবিতা, কাব্য, নাটক, সাহিত্য শাস্ত্র অমসুং দর্শনগী অচৌ অচৌবা লাইরিক কয়ামরুম অমসুং বৈষ্ণব ধর্মগী লাইরিকশিংবু টিকা তৌবা লাইরিকশিংসু ইরম্মী। অসুম্না তৌগ্রিবসি চৈতন্য-লাৎপা য়াদবগী-দমক তৌবা নত্তে, মখোয়না চৈতন্যগী অধ্যাত্ম চিন্তাবু স্বপ্নগী অবতার-বাদকী থাক্তা হৃহহনবদু থিংবা পাষদগীনি। বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা চৈতন্যবু চুমগী অবতারনি হায়বসিদা থাজবতা নত্তনা মহাক রাধা কৃষ্ণগী অপূনবা অবতারনি অমসুং মরম অসিদগী থ্বাইদগী মপুং ফারবা অমসুং পুমলোই লোইবা অবতারনি হায়নদুম লৌনরম্মী। অদুগা মখোয়না অসিমসু থাজরম্মী চৈতন্য হায়বসি মশানা মহাক অবতারনি হায়বসিদা য়াদবা অমসুং মহাকপু থ্বাইনা অচম্বা মী অমগুম লৌবিবা পামজবা অদুগুম্বা মথলগী অবতারনি। মখোয়গী বাথন্দা চৈতন্যনা অবির্ভাব ওইরকপগী উদ্দেশ্যদি চমম্নবা যুগ অসিগী মীশিংনা আধ্যাত্মিক মুক্তি ফংননবগী অরাইবা লম্বীদু তাকপীনবগীদমকনি হায়না লোই তৌইগুম্বসুং মাগী অশেংবা থৌদৌদি ঈশ্বর মশানা ঐশ্বরিক প্রেম পোকলকপা মতমদা থেংনরিবা অবা-নুংঙাইগী অভিজ্ঞতা অদুবু থ্বাইদা উত্তুনা থঙহনবনি। চৈতন্যগী পুক্নি অমসুং মহাকনা পাঙথোকখিবা থৌদোবু মথক্তা হায়নখ্রিবশিং অসিনি হায়না অহানবা পুথোকখিবসি দামোদরস্বরূপনি অমসুং মহুবু তত্ব অমা ওইনা পুথোকখিবনা সনাতন অমসুং রূপ অমসুং মখোয়গা পুন্না তৌমিন্নবা অমসুং মখোয়গী মতুং ইনবা কাংবু অসিনি চৈতন্যগী আধ্যাত্মিক চিন্তাগী মরমদা অমসুং ধর্মসিগী মরমদা টিকা তৌবা লাইরিক

---

( ৫ ) থাঙ্গৈশেংবদি মসি জীব মথক্তনা হৌদোকপনি। রাধা অমসুং কৃষ্ণ পুন্না লাৎমিন্নবগী চৎনবী বাংলাদেশতা পুরকপা মতমসিদা সনাতন অমসুং রূপ শিল্পবা মতমদনি।

কমাখক্রম' ইরবশিং অসিনি অমসুং অরোইবা ওইনা পুথোকলকনা চৈতন্যচরিতামৃত ইবা কৃষ্ণদাস হায়বত্থনি।

চৈতন্যগী ব্যক্তিত্বগী অমসুং ধর্মগী প্রভাব আসামগী ডমথৈশিং য়োৌথিরবা। ভগবত বৈষ্ণব ধর্ম কামরূপ অমসুং কোচবিহারদা শন্দোকপদা মপুং ওইবা থৌদাং য়াম্লবা শঙ্করদেবগা (নোঙ্গাথিবা, ১৫৬৮) চৈতন্যগা পুরীদা উনরম্মী অমসুং মহাক্না মসিগী অনুপ্রেরনা চৈতন্যগী মফমদা ফংলম্মী হায়না থাজনৈ। চৈতন্যনা তৌথি-বত্তুরা শঙ্করদেবস অডাং ওইরিবা কৃষ্ণবু নিংলম্মী অমসুং রাধা কৃষ্ণ পুন্না নিংবগী রা মহাক থঙলমদে। মসিগী লাইনিং অসি আসামদা তরাতককণ্ডবা শতাব্দীগী মমৈরাইদা য়োৌরকলম্মী। মসি পুশিল্লকপসিনা আসামদা বৈষ্ণব ধর্মগী লাইনিং শাজত্তা অকায়বমা থোকহল্লম্মী। শঙ্করদেববু (মহাক কায়স্থনি মরম অসিনা চৎনবী ভাকপা ব্রাহ্মণ কাংবুনা মাবু য়ানরমদে) য়াবা কাংবুনা "মহাপুরুষিয়া" অমসুং দামোদর দেবগী (মহাক চৈতন্যবু কৃষ্ণ অমসুং রাধাগী অপূনবা অবতারনি হায়বসি য়ারম্মী) কাংবুবুনা "দামোদরিয়া" হায়না থঙনরম্মী। অকোনবগী কাংবু-সিগী অনুপ্রেরনা বৃন্দাবনলোমদগী ফংলকপনি হায়বসিদা কবিস্ম চিংননিংঙাই লৈতে। মসিগী ধর্ম আসাম অমসুং নবদ্বীপতগী শন্দোক্তুনা মণিপুর যোরকথিরম্মী। উরিব্যাদা বাংলাগী বৈষ্ণব ধর্ম সাধারণ ওইনা চৎমরম্মী, তৌইগুমসুং চৈতন্যগী মরু ওইবা ভক্তশিং থুপল্লবা মতুংদা অমসুং খোইদোক্লা লৈবাক অসিনা মীথা পোনগ্রবা মতুংদা ধর্মসি মরায় চায়রম্মী।

বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না (মথোয়গী মকোক চিংবা তরুক লৈ (১) মরীনা বাংলাদেশকী মীনি, অমমম্না বিহার অমসুং থা ভারতগীনি) ভারতকী প্রদেশশিংদা লৈবা মমুম-মকৈ লৈজত্রবা বৈষ্ণবশিংবু চঙজফম পীরম্মী। নিত্যানন্দ অমসুং অদ্বৈতনা থুপল্লবা মতুং থরা লৈরগা বাংলাদেশকী বৈষ্ণবশিংনা বৃন্দাবনলোমদগী পাউতাক লৌরম্মী অমসুং অসুম তৌবদগী বাংলাগী বৈষ্ণব সম্প্রদাবগী ভাব ধারা তত্বগী মতুং ইন্না চৎপরোমদা অসুম অসুম চৎথিরম্মী। বৈষ্ণব ভক্তশিং পুম্নমক্কী মফমদা আধ্যাত্মিক্কী থঙদে মহৈগী থঙদে বৃন্দাবন্না পুম্নমক্কী অরোইবা মফম ওইরম্মী। মসিগী মহৈনা বাংলাদেশকী কেন্দ্রশিং (হায়বদি নবদ্বীপ, শান্তিপুর খড়দহ অমসুং শ্রীখণ্ডনচিংবা) অসিগী লৈজরবা মান-মর্যাদা অসুম অসুম ময়েং তাথিরম্মী।

(১) সহ গোস্বামী হায়রগা সনাতন, রূপ, রঘুনাথ ভট্ট, রঘুনাথ দাস, জীব অমসুং গোপাল ভট্টবু থঙনৈ। অকোনবগী অনীসি চৈতন্যনা মশক থঙলমদে।

## নিপানশুবা পন্দুপ

# সাহিত্যদা অনৌবা ঈরোৌ

চৈতন্যনা বাংলা অমসুং উরিষ্যা মচাশিংবু অমসুং অতোপ অতোপ্পা মাগা মরকপুংনদা উরখিবা ভারত মচাশিং ময়ামবু পুক্নিং পূনশিন্নহন্দুনা সংস্কারনা সমহন্দুনা লমচৎলমদগী নাহোকলক্লবা ধর্ম অমসুং আধ্যাত্মিক ৱাখলগী ওইবা মী পুম্নমক্তা চপ মান্ননা সাধারণ ক্ষেত্র অমা শেমগৎলম্বদগী বুদ্ধি লৌশিংগী লমদা খুম্মাং চাউশিনবমা পোকহল্লকী অমসুং মীওইপোক্কী পুন্সিদা অনৌবা মাওঙ পোকহল্লমী অমসুং সাহিত্য অমসুং শিল্প কলাদা অনৌবা ঈথিল পীরম্মী। অসিগুম্বা ধর্মগী ক্ষেত্র অসিদা অনেক-অরাং, লাইন্ন-ইনাকখুনবা, হিন্দু মুসলমাল পুম্নমক চপ মান্নরম্মী। চৈতন্যনা ইক্লোং ফোংনা সমাজগী মথংদা লৈরিবা বর্ণ অমসুং জাতিগী থেন্নবা লৈরিবদু থাদোক্নবা হোৎনরমদে তৌইগুম্বসুং নাকোইননা মতুদগী থোক্লকপা ফত্তবশিং কোকহন্ননবগীদমক্তা হোৎনরম্মী। মহাক্না পুরোহিতশিংগী কাংলুপপু সন্মান তৌরম্মী অদুগা অদুম তৌরবসু মথুৎমকনা মুসলমানগী মপোক্তা পোকপা হরিদাসকী মথ্থায় য়াওরবা হকচাংবু লোইশিনবগী থবক্তা করিমত্তা চিংনদনা তৌরম্মী অমসুং মসিগী মরী ক্রিয়াকর্মদা মহাক য়াওরম্মী। মসিদগী শিবগা মরী লৈনবা ক্রিযাকর্ম ( মহোৎসব ) পাঙথোকপগী চৎনবীসি হৌথিরম্মী। অসুম্না চহীগী ওইনা অসিগুম্বা কর্ম চাং নাইনা পাঙথোকপসি বৈষ্ণব সমাজদা চৎনরম্মী। নিত্যানন্দনসু বর্ণ থায়বা অমসুং জাতি থায়বা পান্নমদে অমসুং মী পুম্নমক চপ মান্ননা লৌরম্মী। বাংলাগী বৈষ্ণবশিংনা বর্ণ থায়বা য়াথি-ত্রিবসি ব্রাহ্মণ নত্তবা চৈতন্যগী ভক্তশিং থরা গুরু ফাওবা ওইথিবা অমসুং ব্রাহ্মণ-শিংনা মথোয়গী শিষ্য ওইথিবা অসি ফাওবনি। তৌইগুম্বসুং অসুম্না কোকথোকহনখিবা থৌদো অসিবু বৃন্দাবনগী বৈষ্ণবশিংনা তঙাইফদনা ঙাক্কদোবা নিয়ম কয়ামরুম শেমহুনা থিংলম্মী।

সামাজিক স্বাধীনতারোমদগী যেংলবদি মসি ওইজবা অমনি হায়বদা করিস্ত্র চিংনদ্রিঙাই লৈত্রেদি হায়রবু পংতোং তোংজবা খোৌদৌদি নত্তে। অদুবু মনোবিজ্ঞানদা মরী লৈননা মসিনা পীরিবা ফলদি শীংথানবা য়াকমী করিনা হায়রবু মসিনা চিংজিনা পুক্নিদা পোথানিংঙাই ওইবগী অমসুং পেক্লিংঙাই ওইবা ঈরাং পোকহল্লি অমসুং ঋাগ্নল থৌরশিংগী পুক্নিংদা শঙহৌদনা হৌবকপা ঈহৌগী ঈথৈকম য়সুহল্লি, অমসুং

মসিদগী তঙাইফদনা চেন্থকখি কবিতাশিং অমস্তুং ঊশৈশিং কয়া। চৈতন্য জয়দেবগী, চণ্ডীদাসকী অমসুং অতৈ কবি কয়াগী ঊশৈশিংবু পামজরম্মী অমসুং মহাকী অশিঙ্বা অনুরাগ মাগী ভক্তশিংদা ফাওহল্লম্মী। সাহিত্য অমসুং সঙ্গীতা মথায় হাপখিবা গীতিরসকী হৌরকখিবা ঊহৌগী হৌরকফম মসিনি। চৈতন্য মশাদা য়াওবা মীবু চিংশিন্নবগী অমসুং শুমহৎনবগী পাঙ্গল অমুপকী মতিক কল্লম্মী অমসুং মহাকী প্রভাব অমুপকী মতিক পাকশন্না কোল্লম্মী মহাক মশা হিংলিঙৈমক্তদা মহাকপু ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না লৌনখিরম্মী। অমম তৌনা থায়নগী লাইশিংগী মফমদা মীয়াম্না তৌনরম্বা ইকাই খুম্নবা অমসুং শ্রদ্ধা ভক্তি অতুমক হিংলিবা মী অমদা চপচানা তৌরম্মী। মঙোন্দা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবশিংনা ভগবান মশামক চৈতন্য ওইতুনা পৃথিবী অসিদা ফোঙদোকপীরবনি হায়না লৌরম্মী। অতুম্না থাজবা অসিনা মীগী শক্তমদা ফোঙবীরবা ভগবান অসিগী পুন্সিগী রারীবু লাইরিকশিংদা ফোঙদোক্না ইবদা য়াম্না হৈনীংবা পোন্নরম্মী।

চোইনা চোইনা ইরম্বা অমসুং মশীং পংয়াম শামদবা শ্লোক অমসুং ঊশৈশিং থরা নত্তনা মায়কৈ অসোমদা অহানবা ইনরকপা হৌখিবসি সংস্কৃত লোনদা ইনরম্মী। চৈতন্যগী অহানবা পুন্সি রারী ইরম্বসি গুরুসিগী থাইদগী অহল ওইরবা অমসুং গুরু মশাদগী চহী থরা হনবা মুরারি গুপ্তনি। মসি সংস্কৃতা বর্ণনা তৌতুনা কাব্য ওইনা ইরম্মী অমসুং মুরারি গুপ্তগী পত্রিকা ("কড়চা") হায়না থঙনৈ। কোন্না ইরকপা পুন্সি রারীশিংনা চৈতন্যগী পুন্সিগী ভল্লিঙৈ মতাংগী মচাক পুম্নমক মসিদগী লৌরম্মী। মথংদা ইরকপা পুন্সি রারীনা নোংপোক নম্ব্রগা অরাং নোংপোক বঙ্গদা লৈবা ব্রাহ্মন ভক্ত অমনা সংস্কৃতা ইরম্বা নাটক অদুনি। মহাকপু শকথঙবীননবা লেখক অসি পুরী তাম্না চৈতন্যগা উন্নবা লাক্লম্মী। তৌইগুদসুং মহাকপু থৌগৎপীখিদবদগী মাগী লাইরিক্তু স্বপ্নগী অহৌবগী কবিতা অতুমতং নত্তনা পুম্নাঙমাঙখিরম্মী; কবিতা অসিসু চৈতন্যগী পুন্সি রারীগী লাইরিক অমদা য়াওরম্বদগী ঐথোয়না ফংবনি। মথংদা ইরকপা লাইরিকনা য়াম্না মশক নাইবা সংস্কৃতকী কবিতা রঘুনাথ দাসনা ইরম্বনি। রঘুনাথ দাস ইনাক খুনবা ইমুংগী অমত্তা ভাইবা মচাছুপানি। মহাক হুম্বাল পুন্সি থাদোক্লমদুনা পুরীদা লাক্লগা চৈতন্যগী খুন্নাখাদ্দা চঙজদুনা বৈরাগী ওইদুনা পুন্সি লেনখিরম্মী। মরম অসিনা চৈতন্যগী পুন্সিগী লোইশিন্নকপা মতাংগী অচুম্বা রারী মহাক্না ইদুনা থম্বীরমলে। চৈতন্যগী ভক্ত অমগী ইতোন-তোম্বা মচা, কবিকর্ণপুর (কবিশিংগী নাদা য়াম্নবা লৈতেং) হায়বা মিংথোল কঞ্জবা পরমানন্দ সেন্না গুরু অসিগী পুন্সি রারীগী "চৈতন্যচন্দ্রোদয়" কৌবা নাটক

অমসুং "চৈতন্যচরিতামৃত" কৌবা মহাকব্য অনীসি মথংশিংনা খৃষ্টকুম ১৫৩৮ অমসুং ১৫৪২ দা ইবা লোইরম্মী। কবিসিগী অহুমশুবা বিষয় অসিগী লাইরিক্তা চৈতন্যগী মরু ওইবা ভক্তশিং অসিগী শিষ্যশিংগী মমিং থাদুনা শৈরেংদা ইরম্মী। মসি খৃষ্টকুম ১৫৪৫ দা ইরম্মী।

বাংলা লোন্দা ইহান হানবা চৈতন্যগী পুন্সি রারী ইখিবসি বৃন্দাবন দাসনি। লাইরিকসিগী মমিং "চৈতন্যমঙ্গল" হায়না খঙনৈ। মসি খণ্ড অহুমদা অধ্যায় য়াৎখেনীথোয় থোক্লা থায়দোক্তুনা বর্ণনা তৌবা খুৎইদা ইবা কাব্যনি। চৈতন্যমঙ্গল হায়বা মিংসিনা তাকপদি থায়নগী দেব-দেবীশিংবু শৈথাদুনা ইবা রারীদগী কাব্যশিংদা তৌথিবগুম্না স্বর পান্দুনা ঈশৈ ওইনা শকনবা ইয়খনি হায়বসিনি। বৃন্দাবনগী কাব্যশিং অহানবা ইবসিদগী হৌনা খ্বাইনা পাম্নরম্মী অমসুং মতুংদসু অতুম পাম্নখি। লাইরিকসিদগী অতোপ্পা খ্বাইনা "চৈতন্যভাগবত" হায়বা মিংসিনা তাকলিবদি শ্রীকৃষ্ণ পূজাদা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌনবগুম্না কাব্য অসিসু চৈতন্য পূজাদা পাঠ তৌনরম্মী হায়বসিনি। বৃন্দাবনদাস চৈতন্যগী লোনথক্কী অহল য়ুমলোন্নবা ইমুংগী মরূপ-মপাংসু ওইবা ভক্তসু ওইবা শ্রীবাস পণ্ডিতকী মশুপানি। নহা ওইরিঙৈদা বৃন্দাবন দাস নিত্যানন্দগী শিষ্য ওইরম্মী অমসুং মহাকনা হায়বদগী বৃন্দাবন্না কাব্যসি ইখিবনি। কাব্যসিগী মচাক নিত্যানন্দ, অদ্বৈত অমসুং চৈতন্যগী ভক্ত থরদগী লৌরম্মী। কাব্যসিদা য়াওবা কবিনা হেক্লিন্না হায়বা মতাং কবিগী হৌনবী রাথলদগী চেম্বরকপা ময়ামসি লৌথোকপ্রগা লেমহৌবা কাব্যসিগী মচাকশিং ওঙ্থোক্লা মমল য়ামথ্রে। করম্বা মতমদা মসি ইখিবনো হায়বদুদি খঙদ্রে। চৈতন্যনা থু খিব'া মতাংসু মসিদা পল্লমদ্রে, নিত্যানন্দ॥সু অমসুং অদ্বৈতগীসু য়াওরমদ্রে। য়াম্না থাজবগা লোয়ননা লৌবা য়াবা হায়ববু লাইরিক অসি চৈতন্য হিংলিঙৈ মঙ্গংদা ইবা হৌরগা মহাক থুপগ্রবা মতুং নিত্যানন্দগী মচাদি পোক্তিৎঙৈ চৈরক অসিদা ইবা লোইখি হায়বসিনি। মসিনা তাকপদি "চৈতন্যভাগবত" ইবা লোইখিবসি খৃষ্টকুম ১৫৪০ অহুরাইদনি হায়বসিনি।

বৃন্দাবন দাস কবি অমনি, ময়াম অসিনা রারীগী মগুংদা ইবা কাব্যসিদা ঈশৈগী লৈতেংগী শরুক হাপ্তবা ঙমলমদে। মসিগী মপুকচেল শেংলবা ভক্তি অমসুং মীহৌবগী রাথলগা ইরোইনরবা মফোঙদোকনা রাহৈ-রাতাশিংবু করি করিগুম্বদা মশেক-মঙাল নাইহল্লি অমসুং কাব্যসিদা য়াওরিবা ধর্ম থেম্নবগী মরমদা শাস্ত্রনা পীরম্বা য়াবা য়াদবগী রাফমশিংবু পংহায় হায়জিনবা বা ওইহল্লমদে। কাব্যসিদা মপা চাকবদগী অথেঙবা তরামঙাগুবা শতাব্দীগী মতাং চৈতন্যনা পোকখিবা মতমদা লৈরম্বা নোংচুপ বাংলাগী সামাজিক অবস্থাগী মমল নাইত্রবা অকুপ্পা মতৌ মওং কয়ামুকসু পীরম্মী।

বৃন্দাবন দাস চৈতন্যবু মী অমগী শক্তিমদা মপূং ফানা পুথোকপদা মহৈ য়ানখিরম্মী। পুরাণগী রারীশিং অমসুং কুঙ্গা রারীশিংদগী লৌথোক্লকপা মচু য়াওরবা অমসুং ইমান মান্নবা ছাঁচা অমত্তদা য়েন্নতুনা শেমগৎলবা চরিত্রশিংগা চাননবা শেমলবা মতমতুগী "মঙ্গল" কাব্যশিংগী চরিত্রশিংতুগা যেংনরুবদা বৃন্দাবন দাসকী চৈতন্যগী পুন্সি রারীগী চরিত্রগা থেন্নবতু ইবাই লায়না উবা ফংই।

কৃষ্ণদাস কবিরাজগী <u>"চৈতন্যচরিতামৃত" (চৈতন্যগী</u> থৌদোকশিংগী অমৃত) মথংদা ইবা য়াম্না মরু ওইবা পুন্সি রারীনি। মরম অমরোমদগী য়েংলকপদা মসিগী লাইরিকসিনা চৈতন্য অমসুং মাগী ধর্মগী মরমদা ইরম্বা লাইরিক পুম্নমক্কী পুমহেন হে শী। মসিদা দামোদর স্বরূপনা হৌদোক্লম্বা অমসুং সনাতন, রূপ অমসুং বৃন্দাবনগী অতৈ বৈষ্ণবশিংনসু যানরবা চৈতন্য তত্বগী অমসুং ব্রজ লীলাগী রসতত্ব পুম্নমক যাওই। কৃষ্ণদাস চহী যামনা নৌরিতৈ মতমদা ময়ুম থাদোক্তুনা বৃন্দাবন্দা চংখিরম্মী অমসুং মফমতুদা রূপ অমসুং রঘুনাথ দাসকী তেংবাংবা ওইনা অমসুং সনাতননা লিংথৎপা মদনগোপাল দেবতাগী সেবা পূজা তৌবা ওইনা লৈখিরম্মী। কৃষ্ণদাসনা চৈতন্যবু বৃন্দাবন দাসনা বিষ্ণুগী অবতারনি হায়না যাথিবদৌনা হেক্তা যাবমদে। বৃন্দাবন দাসকা মান্নদবা অমনা কৃষ্ণদাস সংস্কৃত পণ্ডিতনি অমসুং সনাতন রূপ, রঘুনাথ অমসুং অহল ওইববা বৈষ্ণব লুচিংবা কযাগা বৃন্দাবনদা তিন্ন-তোং-নবম্মী। মসিগী রা মথক্তসু পনগ্রবনি। বৃন্দাবন দাসকুমনা মহাকসু নিত্যানন্দগী শিষ্য ওইরম্মী। বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মরু ওইবা সদস্য অমা ওইনা কৃষ্ণ-দাসনা চৈতন্যবু কৃষ্ণ অমসুং রাধাগী অপূনবা অবতারনি অমসুং মরমসিনা অবতার পুম্নমক্কী অথোইবনি হায়বসি যারম্মী। মসিদা মিৎযেংফম থমতুনা মহাক্না গুরু অসিগী পুন্সি রারী ইরম্মী। পুন্সি রারী অমা ওইনা কৃষ্ণদাসকী লাইরিক থাক যামনা রাংই, মরমদি করিগুম্বা রাফম অমসুং হায়বদা মতুগী মরী-মথোঙ হৌরক-ফম্নচিংবা তাকই। অদুম ওইনমক "চৈতন্যচরিতামৃত" চুম্নগী পুন্সি রারী নত্তে, বৈষ্ণব ধর্মদা যাওবিবা আধ্যাত্মিক অমসুং দার্শনিককী রাফম কয়ামুক শন্দোক্না তাক্লবা লাইরিকনি। মসি করম্বা মতমদা ইখিবনো হায়বা অরেপ্পা হায়বা ঙমদ্রে। খুৎনা ইবা লাইরিক থরনা মসি খৃষ্টকুম ১৬১৬ তা ইখিবনি হায়। তৌইগুম্বসুং অহুপ য়াম্না থেঙলবা মতমসিদা ইখিবনি হায়বসি লৌবা য়ারোইদোবা রাফম কয়ামকুম লৈ। কৃষ্ণদাসনা লাইরিকসি ইবা লোইখিবা মতমদা রঘুনাথ দাস হিংলম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। মরমসিনা মসিগী লাইরিকসি ইখিবসি খৃষ্টকুম ১৫৭৫ দগী ১৫৯৫ ফাওবগী মনুংদা ওইরম্বা য়াই।

কৃষ্ণদাস চঙংখোনবা সংস্কৃত পণ্ডিতনি অমসুং মহাকনা ইরবা লাইরিকশিংগী মরুংদা রাধা অমসুং কৃষ্ণগী নিত্যলীলাগী বারী "গোবিন্দ লীলামৃত" কৌবা নিংথিজরবা কাব্য অমা য়াওরি। মহাক্কী খ্বাইদগী কন্নবা লাইরিক "চৈতন্যচরিতামৃত" ইথিবসি মহাক্কা য়াম্না অহল ওইরকলবা মতমদনি। মথক্তা হায়না পনখিবগুম্না বাংলাদা ইবা চৈতন্যগী পুন্সি বারী অসি থাইদোক্না শীংথাননিংঙাই ওইবা লাইরিক্নি। বিষয় অসিদা ইবা লাইরিক্কী মরুংদা পণ্ডিত্যগী হকচিন্নবা রামক্তনা থল্লবা লাইরিকনি, অতুম্নদি ওইরবদা মসিদা বৈষ্ণবশিংগী হোনশা ওইবা নোঙ্গবগী মতৌ লেঙদনা থম্মী। চৈতন্যগী নহা ওইরিঙৈ পুন্সি মতাংগী বারী বৃন্দাবন দাসনা ইবদনা শন্দোক্না ইরম্মী। কৃষ্ণদাসনা ইবদনা চাউরাকপা অমত্তমক তাকই মরমদি মহাক্কী মমাঙদা ইথিবা লেখক্কী নিংথিজরবা লাইরিক্কুগী মগুন ময়েং তাদনবগীদমক্নি। অমরোম্দা মহাক্না চৈতন্যগী মমৈ তাথরকপা চহী তরানীপালগী পুন্সি মতাংগী বারীবু মাগী মমাঙদা ইথিবশিংনা থক ইথিদ্রিবা মগুংদা য়ামনা কুপনা নৈনতুনা ই। চৈতন্যগী পুন্সি বারী অমা ওইনা "চৈতন্যচরিতামৃত" তোপতোপ তাই মরমদি মসিদা চৈতন্যনা পাকশন্না চথোক-চৎশিন তৌথিবগী রাক্ষম কুপ্না য়াওই। কৃষ্ণদাসনা লোন শিজিন্নবগী মশিজিন্ন অসি মাগী মতমদুদা লৈনরম্বা মওং অতুদগী ফনা য়াম্না খুমাং চাওশিন্না শিজিন্নখি। গদ্য ইবদা খুৎলোইনা অমসুং ইচং থোনা ফোঙদোকপগুম্না কবিতাদসু ইরম্মী। মরম পুম্নমক অসিদগী কৃষ্ণদাসকী চৈতন্যগী পুন্সি বারী॥ লাইরিকসি পুন্সি বারী অমসুং অরুবা রাথল চঙবা লাইরিক অমা ওইনা অনৌবা ভারতকী সাহিত্যগী লমথৈ তাকপা খুৎইনি।

তরাতকুকন্থুবা শতাব্দীগী ময়াম মতমগী গীতি কবিতা ইবা অকাওবা কবিশিংগী মরুং চনবা লোচন দাসসু মুরারি গুপ্তনা সংস্কৃতা ইবা কড়চাদা তাংদুনা চৈতন্যগী পুন্সি বারী "চৈতন্যমঙ্গল" কৌবা অমা ইরম্মী। লোচনগী কাব্য পুরাণ লাইরিক-শিংগী হেক অহোবদা তৌরিবদুগা চপ মান্নবা হৌরগা অতৈ পুম্নমকনা "মঙ্গল" কাব্যগী চৎনবী খুৎইগা চানহন্দুনা ইরম্মী। মসি কাব্য রসমক্তনা লৈতেংই, মরম অসিদগী চৈতন্যগী পুন্সি বারীগী কাব্য পুম্নমক্কী মরুংদগী মসিবু খ্বাইদগী মতম শান্না মীয়াম্না পাম্নখিরম্মী।

লোচন বৈষ্ণব গীতি কাব্য থরস্ম ইরম্মী। মহাক্না অথুবা তাল মাত্রাদা লৈবাক-মচা তাফাত্তবা রাহৈ-রাতা শিজিন্নদুনা অমসুং তুপীশিংতনা শকননবা ওইবদগী তুপীশিংনা পামজবা রস হাপতুনা ইবা "ধামালি" কৌবা (ইয়াং য়াংবা) ঙৈশৈ জাৎ অমা হোদোক্লম্মী। মসিদা ইরিবনা কৃষ্ণগা অমসুং ব্রজগোপীশিংগা লৈনরিবা

হুংশি-হুংওলগী মরমদনি। মহাকনা "ধামালি" খুৎইগী মওংসিদা চৈতন্যবু শৈথাবা ঈশৈ খরসু ইরম্মী। মফমসিদা নীংশিংবা য়াবদি লোচনগী গুরু নরহরি দাস সরকার হায়বত্রু চৈতন্য লাৎপা হৌদোক্লবা লুচিংবশিংগী মরুংদা অমনি। লোচন রাগাত্মিক ঈশৈ খরসু ইরম্মী। মখাগীসি বাংলাদা ইবা রাগাত্মিক ঈশৈ ইবনা ধামালি রীতিদা মহাকনা ইরম্বনি।

ব্রজগী লমদা রূপকী শহরদা চেল্লি, রসকী তুরেল, হৌরে ঈথক-ঈরাইরে তোববান, শোকলকলে গৌড়গী (১) হকচাং। ঈথরা প্রেমগী ঈপোম নাইরকলে থৌগল্লে গৌড়বু অহিং হুংথিল অনীদা। জ্ঞান কর্ম, যোগ, ধর্ম, তপ তৌরম্বা তোক্লরে পুম্নমক। মীপুম খুদিং, থম্মোযগী থম্মোয়দা তাইশিন্নরি রূপতা, অদুবু রূপতুদি ঈফুৎনি অমৃতগী ওনফম থঙত্রবা। রূপসিবু নীংজবা মাম্নে সনাগী লৈতেং ওকশমদা ওানবা। মাওহল্লি মসিনা পুকনীংগী অমম্বা। রূপকী ঈচেল অঙকপা থৌদোদা চেল্লি কাওত্নুনা অমম্বা জগৎপু। জগৎনা তাউরি রূপ-রসকী ঈপাক্তা, তাউরি সুম্না মরোল তরামরীসু। ঈরাৎচৈ কনানা চিন্দম লাংবগুম, উরগা কনানা হুংডাইজে মথস্তা, থঙজদে অমনা মশানা ডাঙলিবা। খুদোংথিবা থৌদোবু তৌজগে চোংথোকপা কেমহনবনি মশানা মশাবু, লোচন্না হায়জে মহাক্নুনা ফংজে গৌডবু ইরাই লাইনা।

তরাতককগুবা শতাব্দীদা ইরম্বা চৈতন্যগী পুন্সি বারীশিংগী মরুংদা অনী অমগা পনবা য়াই। অমনা নিত্যানন্দগী মকোকচিংবা ভক্ত অমগী শিষ্য চুডামণি দাসনা ইবনি, লাইরিক্কী মিংনা "গৌরাঙ্গ বিজয়" কৌই। মসিদা অতৈ লাইরিক্তা য়াওদবা অমসুং মমল য়ামলবা চৈতন্য অমসুং নিত্যানন্দগী নহা ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়াগী রা য়াওরি। লেংলিবা মওং যামনা ফজে। মসিগী কাব্যসি খৃষ্টকুম ১৫৬০ গী মমাঙদা ইরম্বা য়াই। লাইবক থীবদগী লাইরিক অসি া শরুক অহুমগী মরুংদা অহানবগী শরুক অহুমতা মফঙলে।

অতোপ্পা লাইরিক অমনা জয়ানন্দনা ইবা "চৈতন্যমঙ্গল" হায়বত্নুনি। মসিগী খুৎই থ্াইনা পায়রবা রারী লীবগী খুৎইত্নুদা ই অমসুং কাব্যসি থগু কয়ামুক মমিং তোঙান তোঙাম্না থোন্দুনা থায়দোকই, খুদমগী মশক ওইনা হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তণ কৌবা থগু য়াওরি। জয়ানন্দ থা-নোংচুপ থংবা বাংলাগী মীনি অমসুং মহাক্কী

(১) অচাবা অর্থদা কুচু ফজবা মী হায়বদি গৌরাঙ্গ (চৈতন্য) হাবরনি।

কাব্যসি মক্ষম অতুতদা খণ্ডনরম্মী। জয়ানন্দবু পোকপা মপা গদাধর পণ্ডিত চৈতন্যগী অচানবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। মরম অসিনা জয়ানন্দ চূডামণিগা মতম অমত্তদা হৌমিন্নরম্মী। মহাক্কী কাব্যগী হ্নাহৌদোক্কী শরুক্তা জয়ানন্দনা মাগী মমাঙদা লৈরম্বা লাইরিক লেংবশিং খন্না মখিং হাপলম্মী অমসুং মখোয়সিগী মতুংদা ঐখোয়না খঙবা হায়ববু বৃন্দাবন দাস মথস্তনি। চৈতন্যনা থুপথিবগী থোদোক ইরম্বসি জয়ানন্দগী "চৈতন্যমঙ্গল" হায়বসিতনি। শুরু অসিগী অমসুং মহাক্কী হৌঙ্রবা অহল-লমনশিং মরমদা অতোপ অতোপ্পা অতৈদা য়াওদবা হ্নাফম কয়ামুকস্থ লাইরিকসিদা য়াওরি অদুবু মখোয় অসি চুমত্রা লানত্রা হায়বদুদি হায়বা ঙমদ্রে। তরাতরুকশুবা শতাব্দীগা মযায় চল্লকপা অতুন্নাইদা চৈতন্যবু থাদুনা ইবা লাইরিক কয়ামরুম থোক্লম্মী অমসুং শতাব্দীসি লোইখিদ্রিঙৈ মমাঙদা চৈতন্যবু পুরাণগী চপচাবা দেবতা শক্তমদা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা ঈরাৎ-জা তৌনবা হৌখিরম্মী। জয়ানন্দনা খণ্ডহন্নিংলিবদি বৈষ্ণবভক্তশিংবু নত্তে। অরুবা তত্ত য়াওদবা চুম্নগী চৈতন্যগী পুন্সি ব্বারীবু খঙনীংবা মীচমশিং অদুবুনি। মরম অসিননি জয়ানন্দনা চৈতন্যগী পুন্সি ব্বারীদা ধ্রুব, জয, ভরত অমসুং ইন্দ্রদ্যুম্নচিংবগী পৌরানিক ব্বারী কয়ামরুম হাপলমলিবা। বৃন্দাবন দাসনা ইবা কাব্যদা পুন্নিংগী অতুপ্রেরনা ব্বা কয়ামরুম য়াওবগুম্না জয়ানন্দগী কাব্যদা য়াওদেদি হায়ববু ভক্তিপ্রবণতাগী শরুক কয়ামুক্তি মাগী কাব্যদা মযেক শেংনা য়াওবগী প্রমাণ কয়ামুক লৈ। কাব্যসি মতাং কয়ামুক্তা মপুন্নিংদা ফাওথিবা ভক্তি অমসুং অনুরাগগী হকচিল্লবা ব্বা কয়া অচাবা ব্বাহৈদা ফোঙদোকই।

মতুং তান্নকপা শতাব্দীশিংদা চৈতন্যগী পুন্সি ব্বারী ইবা অপিক অপিকপা ব্বারেং কয়ামুক্কী মতুংদা অমথক পনবা যাই। মসি প্রেমদাসনা (ব্বারেংসি ইরম্বা লেখক্কী অশেংবা মিং পুরুষোত্তম মিশ্র কৌই) ইবা "চৈতন্যচন্দোদয কৌমুদী" (চৈতন্য থাজনা থোক্লকপদা নিংথিজবা) সংস্কৃত নাটক "চৈতন্যচন্দ্রোদয়" হায়বদুদ বাংলা শৈরেংদা ইথোক্লকপা লাইরিক্কনি। অতোপ্পা য়ামনা পিকপা লাইরিক অমনা ভগীরত বন্ধুনা ইবা "চৈতন্যসংহিতা" নি। মসিগী ব্বারীগী খুৎই "আগম" নত্রগা তান্ত্রিক পুরাণদা য়াওবা শিবনা পাবর্বতীদা লৌথিবা ব্বারী মওংদুগী পদ্ধতি লৌদুনা ইরম্মী।

চৈতন্যবু ঈশ্বরনি হায়না পুময়া যানখিবসি তরাতরুশুবা শতাব্দী লোইখিদ্রিঙৈগী মতুংদনি; মরম অসিনা খুাইগী মাঙদা পাননবা অমসুং শরুনবা ইবা শৈরেংশিং অমসুং ঈশৈশিং (বৈষ্ণবকী ওইন্নবস্থ ওইদ্রবস্থ) হেক অহৌবদা চৈতন্যগী মফমদা

বন্দনা তৌবা শরুক অমমম তঙাইফদনা হাপ্পরম্মী। তরাত ঃকগুবা শতাব্দীগী অথেঙবা মতমদগী হৌনা মতুং তাথরকপা শতাব্দীশিংদা ইথিবা পাঞ্চালী কবিতা-শিংদা য়াওবা বন্দনাগী ( খুরম্বা ) শ কশিংদগী ৬র অসিগী পুনসিদা থোকথিবা অনৌবা ব্রাকম ( ঐতিহাসিক নত্রগা পৌবানিক ) বয়ামুক থোমজিনবা য়াই। কীর্ত্তন শরুদৌবা শৈফম খুদিংদা ঈশৈদা যাওবা বিষয নত্রগা থোদোক্কা চানহন্দুনা গুরুবু শৈথাহুনা শকপা ঈশৈনা অহৌবা শরবম্মী। অসিগুম্বা ঈশৈশিং অসিবু "গৌরচন্দ্রিকা" ( হায়বদি গৌরাঙ্গ থাজগা মরী লৈনবা ) হায়না থঙনরম্মী।

নিত্যানন্দ মতোমতগী অতম্না ইবা পুনসি ব্রারী অমত্তা ইরমদে। তরাত ক-গুবা শতাব্দীদা ইথিবা চৈতন্যগা পুনসি ব্রাবা পুম্নমক নিত্যানন্দগী শিশ নত্রগা শিষাহুন্নী শিষ্যশিংনা ইরগা ভাক্তনি অমসুং পুনসি ব্রারীশিং অসিদা নিত্যানন্দগী পুনসিগী ব্রা অমসুং মহাক্না পাঙথোকথিবা থৌদো পুম্নমক যাওথিরমী। অদুগা অদ্বৈতগী পুনসিগী অমসুং পাঙথোকথিবশিংগী মরমদদি বাংলা অমসুং সংস্কৃত্য হবা অশাংবা অতেনবা কাব্য কয়ামকম লৈ। তৌইগুম্বসুং লাইবিকশিং অসি মতমদুদা ইরম্মকলা হায়বসি যাম্না চিংনর্নিংঙাই ওই। অম্ম্না চিংনবগী ব্রাকম অসিমক পাপীগী কায়াৎ ওনথিবা অদ্বৈতগী মুপী অতোপ্পী সীতা অমসুং মহাক্কী লোইনবী অনীহুগী আধ্যাত্মিক শক্তি॥ মরমদা শীংথাহুনা বাংলাদা ইবা ব্রাবেংশিং অসিগী মরমদসু হায়বা যাই।

তরাতরুকগুবা শতাব্দীগী মমৈগী চহী তরাগা অমসুং মথং শতাব্দীগা হোগৎ-লকপগী চহী তরাগী মঞুংদা শ্রীনিবাস আচার্য, নরোত্তম ( দত্ত ) দাস অমসুং শ্যামানন্দ দাস ( থুপথিবা ১৬৩০ ) হায়বা বৈষ্ণবশিং অসিনা মথ্থায যাওনা কম্না হোৎনবদগী বাংলাদেশতা বৈষ্ণব ধর্মগী থোঙচত্তা অনৌবা হৈনিংবা ঈথিল অমা পোকহনথিরম্মী। হায়রিবা মীকোক অহুমসি বৃন্দাবনদা চত্তুনা মফমহুগী গোস্বা-মীশিংদা বৈষ্ণব ধর্মগী শিক্ষা অমসুং দীক্ষা লৌরম্মী অমসুং মফমদুগী বৈষ্ণবশিংগা লুচিংবা জীব গোস্বামীনা বৃন্দাবনদা চৎনরিবা বৈষ্ণব ধর্মগী আদর্শবু বাংলাদেশতা চৎনহনবা মথোয়দা শিন্নরম্মী। শ্রীনিবাস ব্রাহ্মন্নি। মহাক্না পাঙথোকথিবা থবক খৌরম পুম্নমক নোংচুপ বঙ্গগী লমথৈ মঞুংদতনি। নবোত্তম অমাং বঙ্গগী ইনাক-কৈরাক খুনবা কায়স্থ ইমুং অমদগী হৌবকপনি অমসুং মহাক্কী ইমুং-মঞুং গৌড়গী রাজ দরবারগা মরী লৈনরম্মী। মহাক ধর্ম শন্দোকপা মী নৎলমদে, অধ্যাত্ম-চিন্তাদা লুপলবা বৈরাগী অমা ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী প্রভাব অমসুং মিংচত্তি মুপ্পগী অমাং অমসুং ময়ায় বাংলাদেশতদা থঙনথিবা নত্তে অমসুং মহাক

বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংগী হেক ঙমথংদা থ্‌াই পুম্নমক্না কাউবা চৈতন্য নিংশিংনখিবা মীশক অমনি। শ্যামানন্দ সরগোপগী ( লৌমিংগী কাংলুপ ) শাগেদা পোকপা ব্রাহ্মণগুগী মীনি। মহাক্না হায়ব্রিবা মাগী লম অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম শন্দোকননবা কন্না হোৎনখ্রে। হায়রিবা লুচিংবা অহমসিগী মথক্তা বাংলাগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুংদা মকোক থোংবা লুচিংবশিংনি হায়না খঙনরবা নিত্যানন্দগী মুপী অতোপ্পা জাহ্নবা অমসুং মুপী অহন্না পোকপা বীরভদ্র ( নত্রগা বীবচন্দ্র ) হায়বশিং অসিস্থ লৈরম্মী। হায়ব্রিবা বৈষ্ণবশিং অসিনা অমসুং অতোপ অতোপ্পা থোইদোক্না শীংথানরবা বৈষ্ণবশিংনা পাঙথোকলম্বা থবক থৌদৌশিং অসি তরাতরেংগুবা অমসুং তবানিপালগুবা শতাব্দীশিংদা ইথিবা পুন্সি-ব্রারীশিংগী ( ইবনা পদাবলীদা নক্তে চুম্ন্না গথ্যদা ইবা ) লাইরিকশিংনা মচাক ওইরম্মী।

মতম হৌখিবগা লোইন লোইননা বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী প্রভাব অস্রুম অস্রুম কনথৎলক্নমী। তবাতবেংগুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা মতম অদুব্রাইদদি বাংলাগী বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী মতিক মগুন চাউব্রবা গুরুশিংগী হাযবদি নিত্যানন্দ অমসুং অদ্বৈতগী মচা-মশুশিং ( অমসুং মখোযগী মুপী অমসুং মচান্নুপীশিং ) অমসুং চৈতন্যগী মক ওইবা শিষ্যশিংগী মচা-মশুশিংগী মপাঙ্গল লৈখিদ্রে অমসুং মব্রা মপাউ বাংলাগী লমদা চৎনখিদ্রে অমসুং বাংলাগী চৎনবিবা ধর্ম ব ন্দাবনগী গোস্বামীশিংগী ঈরাৎ পূজাগী হৌনবী নিযম অমসুং বিধিশিং নননিনখিবমী। হৌজিক্তি ঈশ্বরবু ঈশ্বর ফংনবা হোৎ-নবিবশিংনা গোস্বামীশিংনা তাকপা মথক্কী নিযম বিধিশিং অসি ঙাকপা তারম্মী। ঈশ্বর ফংনবগী লম্বী তাবপীগদোবা গুরুনা হৌজিক্তি ঈশ্বরগী প্রতিনিধি ওইবক্নে অমসুং ইবোইগ লোইবদা মহাক ভক্ত অমসুং ঈশ্বর অনীগী মরক্তা ঈশ্বরগী থোঙ ঙাকপগুম লৈবক্নে মগাক্না ঈশ্বরবু তোপনা তোযনা খক্লিন্দুনা থমলক্নে। বাংলাদেশতা গুরুগী ফম চাবোল গুবোলশিংগীদমক থাক্তুনা থম্বা ফম ওইবক্নে।

তৌইগুম্বসুং বাংলাদেশতা চৎনবম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী ধর্ম পৃথ্বাঙদি মাঙখিদে। অদুবু মসিদা তান্নীক্কী ভাব চঙই হাযনা বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা স্রাদবদগী সম্প্রদাযসিগী বৈষ্ণবশিংনা ধর্মসিবু লোঙ্গা-লোনথুপ্পনা চৎনখিরম্মী। মখোযনা সংস্কৃত তমদবগী করিস্থ থৌশান্নমদে অমসুং মমারোন্দা হন্নাওনা ইনরম্মী। মখোযনা থরায় স্রাওনা পামনখিবা শাস্ত্রগী লাইরিক্তি কৃষ্ণদাসকী "চৈতন্যচরিতা-মৃত" নি। লাইরিক অসিদা গোস্বামীশিংগী ধর্মতত্ত্বগা আধ্যাত্মিক ব্রাথলগা অমত্তা ওইনা নশিন্ননবা কৃপ্পা নৈনরি। বাংলাগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়সিগী অথোইবা গুরু নরোত্তম দাসনি। মতুংগী শতাব্দীশিংদা থোক্লকখিবা বাউল কাংবু মনুংদা লোত্তুনা বৈষ্ণব ধর্মবু চৎনরম্বা সম্প্রদায়গী চপচাবা প্রতিনিধিনি। মখোযগী ব্রাথল অমসুং

আচরন্দা স্থফী ধর্ম মতকী শরুক থরা চঙই, অস্থন্না চঙলিবা মচঙ চৈতন্যগী ধর্মমক্তস্থ হান্নন৷ চঙগ্ৰবনি। মাগী ধর্মবু অহানবা নবদ্বীপতা হৌদোকথিবা মতমদা মঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না তেংবাংথিবা অমস্তং মহান্না থাজনা লোইনথিবা হরিদাস বৈষ্ণব ধর্ম লৌখিন্তৈগী মমাঙদা স্থফী ধর্মগী পীর ওইরম্মী। সনাতন অমস্থং রূপস্থ স্থফী ধর্ম ইথঙ থঙদবা নৎলমদে।

মাপনতুবা পন্দুপ

## বৈষ্ণব পদাবলী অমসুং ব্রজবুলীগী কাব্য

থিবা য়াবহুকাও থিজিন্দুনা য়েংবদা থঙবা হায়ববু বৈষ্ণব গীতি কবিতাশিং হায়বদি কৃষ্ণ অমসুং রাধাগী মুংশি-মুংওনগী বারী শৈথাহুনা ইবা পদাবলীশিং গৌড়গী রাজদরবারদা মথল মথলগী ফম নাইখিবা বাঙ্গালী কবিশিংনা ইহান হান্না ইরম্মী হায়বসিনি। (১) গৌড় অমসুং মিথিলা রাজনীতি অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা অচেৎপা অমসুং হকথেংনবা মরী লৈনরম্মী। বাংলাদেশতগী পণ্ডিতশিংনা অরুবা মতাং থম্ম-নৈনহুনা ভয়নবগীদমক মতমহুদা মুসলমান নিংথৌশিংগী শাসন মথাদা লৈত্রিবা মিথিলাদা লাক্লম্মী। শতাব্দী কয়ামরুম বৈষ্ণব নীতি কাব্যগী পরমপরা কায়দনা থম্ম-নৈনহুনা চৎনয়রুবা মিথিলা দেশনা বাঙ্গলা দেশকী বৈষ্ণব পদাবলী ইবদা অনৌবা ঊহো অমা পোকহল্লম্মী হায়বসি চুম্মবহ্ন য়াই। বাঙ্গলা দেশতা ফংবা বৈষ্ণব পদাবলী‍ ‍খ্বাইদগী লিয়বা খ্বাইগী নমূনা তরামঙা শুবা শতাব্দীগী অরোইবা চহী তরাগী মহুংদা ইথিবা ওইরবস্ম পদাবলী ইবা হৌথিবসি তরামঙাশুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তঙ্খাইগী মহুংদতগীনি অমসুং পদাবলীশিং অসি মিথিলাগী বিদ্যাপতি অমসুং মাগী মমাঙদা লৈরম্বা অমসুং মহাক্কা হৌমিন্নবা কবিশিংনা ইবা ঊশৈশিংগী মতৌ তমহুনতা ইথিবনি হায়বদি য়াদে। বাঙ্গলাদেশতা তরাহুমদোই অমসুং তরামরীশুবা শতাব্দীশিংদা বৈষ্ণব মূলভাব য়াওবা অবহট্ট শৈরেং কয়ামরুম লৈরি। তরামঙা অমসুং তরাতরুক শুবা শতাব্দীদা বাংলাদেশকী কবিশিং নেপালদা লৈবা থবনা বৈষ্ণব পদাবলী ইরম্মী। তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা বাংলালোন্দা ইবা নীতি কবিতাশিং মিথিলাদা থঙনখিদবা নত্তে হায়বসি তাকপা প্রমাণ কয়ামরুম লৈ। হায়রিবা শতাব্দীসি লোইস্রিঙৈ মহুংদা বাংলা অমসুং মিথিলা অনীগী সাহিত্যগী মরী থম্নবগী মপুং ওইবা কেন্দ্র মফম গৌড়দা ওইরম্মী।

বাংলাদেশকী বৈষ্ণব পদাবলীশিং স্রুপ্নগী বাংলা লোন্দতা ইবা নত্তে। পদ কয়ামরুম ব্রজবুলীদা ইরম্মী। লোন অসিগী স্বরবর্ণগী শাংলবা যুক্তব্যঞ্জনগী অঙকপা

---

(১) মসিগী পরমপরাগী চৎনবীসি সেন নিংথৌশিং পাল্লিঙৈ হাঙক্কগী হৌনা চৎনরকলবনি

মতৌ, দোলাচল ছন্দ, থায়নগী অখিবা রাহৈ-রাত্র অমসুং রারেং শেন্দা লাইবা পুন্নমক অসিনা নিংখিনা থঙলবা লেথকশিংদা মসিগী লোন অসিদা পদাবলী ইবদা হায়না শেমশাকুনা থন্নমলবা মথোন হোৌবা বস্তুগুম থোক্লম্মী। বৈষ্ণব পদাবলী বাংলাদা ইবা থওদে ব্রজবুলীদা ইবা থওদে ঊশৈ গাকনি, মরম অসিনা স্বর মাধুর্য্যগা মুপথা থানবা য়াদে। পদাবলী শৈরেংগী হোৌনশা ওইনা তেন্না ইনবা অনীশুবা শক্তী পরেং অনীসিনা ঊশৈগী থোলহায়গী লেপফম (ধুয়া) ওইনৈ। কবিগী মিংনা অরোইবগী পরেং অনীদা হাপ্পী। ঊশৈসিবু শরন্নিবা তোপ-তোপ তাবা শৈহেক শৈদাবুনা "কীর্ত্তন" হায়না থঙনৈ। শৈশক মতাসিগী মথায়-থায়নদগী হৌনা লৈরকপা পৌরূপ তাবা মওং অদুবু নরোত্তম দাসনা তরাতঃকগুবা শতাব্দীগী লোইশিন্নকপা মতমদা পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা নৌনা শেমগৎলম্মী। মহান্না রাধা কৃষ্ণ অমসুং চৈতন্য-নিত্যানন্দগী মূর্ত্তি শাদুনা লাৎপগা মরী লৈননা পাওথোকথিবা ধর্মগী থৌওং অমদা অনৌবা "কীর্ত্তন" সিগী শৈশক শৈদা পুথোক্তুনা ঊৎলম্মী। মসিবু "খেটরী উৎসব" হায়না থঙনরম্মী। (১)

তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা য়াংলপ তৌবা কীর্ত্তনগী শৈশক জাৎ অনি হৌদোকলম্মী অমসুং শৈশক অদুদা খুল্লক ঊশৈগী শৈদা করামরুম য়াওশিনম্মী। অসুম তৌবসিনা শৈশক অসি পুমনৌ নৌবা অমসুং য়াম্না মচু তানা পুথোকপা ভারতকী সঙ্গীত মথল অমা ওইখিরম্মী। তাবদা হুংঙাইবা সঙ্গীতকী মহাওহ য়াওরমগ্রবদি জয়দেবগী গীতি কাব্য কুইনা লৈরমগদোবা মান্দে, অমসুং বৈষ্ণব পদাবলীস্ম শৈশক শৈদা মতম মতমগী ওইনা নৌহন্নমগ্রবদি য়াম্না মাওজোনবা মতমদা লূপখিরমগনি। পদাবলীগী ইন্নিবা লোন মশাগী ছন্দগা ঊশৈ শৈশকী তাল অমসুং স্বরগা য়াম্না চুশিনৈ।

বৈষ্ণব পদাবলীদা নত্রবনু অরাম্বনা অথন্ননা রাধা কৃষ্ণ অনিগী যুমবান্নবগী মহুৎশিনা নত্তবা হুংশি-হুংওলগী রাবু শৈথানৈ। ঊশৈশিং অসিগী বিষয়-বস্তু য়াম্না অককনৈ অমসুং ইবগী মওং মহৌশাদগী লৈরকপা অদুগী ছাঁচাদা অদুম মবৈ, মরম অসিনা কবিনা মশাগী ওইবা ভাব ভঙ্গি পুথোকপগী খুদোং ফংদে। অদুম ওইনমক গুন্নিউং মতমদা ইরবা থরদা পুন্নিংগী অয়োবী ঊহৌ ফোওদোকপা য়াওবা হেক হেক্ক থেওনৈ। কৃষ্ণবু রাধানা য়াম্না হকচিন্না, মথন্নার লুপনা অমসুং মশাগী ওইজবা পুমথা থাদোক্তুনা হুংশিজববু যাম্না নৌনা থম্মোয়দা পালহন্দুনা খোম্বাং

(১) খেটরী নরোত্তম দাসকী অহল-লমনশিংনা লৈরবা খুনগী মঙ্গিংনি

মৈহনবা লেখক থয়তনা ভবলম্মী অমসুং মথোয়শিং অতুগী মরক্তা অরাপ্পনা তন্না-তন্নক ওবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা লৈরম্বা কবিশিংনি। চৈতন্যনা তাকপা ধর্মতত্ত্বগী রানা ভারতকী ধর্মগী পরম্পরাদগী চৎনরকপা হোংকম্রবা লাইনীং-লাই-শোলগী মওংদা পদ্ধতি ওইরক্লবদা অমসুং রূপ গোস্বামীগী লাইরিকশিংদা বৈষ্ণবশিংগী পদাবলী অস্থমনা ইগদৌবনি হায়বা অককনবা নিয়ম তাকলবদা বাংলাগী গীতি কাব্য তুংদা কবি ওইরক্কদগে হায়বসি অরাবগী মশকনি। হায়রিবা শতাব্দীগী অনিশুবা তঙ্খায়গী মতুংদা থোইদোকনা চঙথোম্না ইরবা লেখক কয়ামকম থোক্লকলম্মী হায়বদা করিসু চিংনিনিংঙাই লৈতেদি হায়বসু মথোয়না ইথিবা কবিতাশিং ভক্তিগী মতমদা ইথিবশিংচু য়োরমদে। মথা তাথরকপা শতাব্দীশিংদা ইরকপা বৈষ্ণব পদাবলীশিং হান্না ইথিবশিং অতু অমুক হন্জিন্না ইবদগী হেন্না অনৌবা পংন্নাও য়াওরমদে।

চৈতন্যগী অয়ৌবী ঈশ্বর প্রেমনা রাধা কৃষ্ণগী নুংশি-নুংঙনগী রারীদা অনৌবা আধ্যাত্মিকী অর্থ অমা থোকহল্লম্মী। মরম অসিননি খ্বাইদগী ফজরবা বৈষ্ণব পদাব-লীশিং চৈতন্যগী শিষ্যশিং, চৈতন্যবু হকথেংননা থঙহৌবশিংনা ইরম্বা ঙাক্তা ওইরিবসি। পুন্সি-রারী ইবশিংগী মতুংদা খ্বাইদগী লিরবা মুরারি গুপ্ত বৈষ্ণব পদাবলী ইবদা খ্বাইদগী লিরবা অমসুং ফজনা ইবা মীশক্নি। মমারোন্দা মহাক পংন্নাম য়াম্না ইরমদে অমসুং মহাক্না ইরম্বা বৈষ্ণব পদাবলী মশীং তাক য়োরমদে মসিগী মতুংদা অনিথক্তি খ্বাইদগী ফজবশিংগী মতুং চন্লি। পদাবলী অমদা সখী অমনা হৌনদবা নুংশি-নুংঙনগী শাজৎ তৌবিদনবা হায়জবদা রাধানা তৌথিবতু ফজনা ফোঙদোকই। রাধানা মাগী মতা সখীচুদা অস্থমনা হায়ঃ

চান্নবী নয়ুমদা হন্রো। শিব পাংথক ওইরবী, মথন্তা মাঙজরবী অমবু নঙনা করম্না খঙহনবা ঙমগনি? ওমহৎনিংঙাই ওইরবা নিংথিজবা শক্তমবু পুরিবা (ঐগী নুংশিবা) শারি জগোয় ঐগী মাঙদা, ঐগী থম্মোয় ঐগী ফিজিন্দা নপ্তুনা লৈরে। লৈজবা পূষ্বা ঐগী, থাদোক্লবনি মৈ, ইশাগী ইকাইথুম্নবা, ইমুংগী ইজ্জৎ, ঐগী মিংচৎ, ইশামক নত্তনা ঐগী নুংশিবদং। থঙদনা নুংশিববু করিনো হায়বা অপঙবশিংনা ঙাওনরিবা ঐগী ইবা থংঙুদে ঐ করিনো হায়বা, থঙতু থঙনিংদে ঐহাক। তাউরে ঐহাক ঊচেলথক্তা পাক চাউরবা অমসুং ঊচেল কএবা। করি তৌনি হৌজিক হুইশিংনা তোর্বান্দা লৈরিবা? চাবদা, তুম্বদা, ঐগী ইথো খুদিংদা থম্বা লৈত্তে ঐগী করিমত্তা, ঐগী নুংশিবনা চিংশিল্লি ঐগী থম্মোয়। মুরারী গুপ্তনা হায়-জরি: নুংশিবনা অসিগুম রাংলবা থাকপু য়ৌরবা, শকনৈ মতমতুদা মসিগী গুনবু মখোল অহুমক্তা।

অতোগা ঊশৈ অমসুনা কৃষ্ণনা বৃন্দাবন থাদোকুনা চৎপ্রবদা মুংশি-মৈনা চাক্লবী রাধানা ওইখিবা মতৌবু বর্ণনা তৌহুনা তাকই। রাধাগী সখী লাকুনা কৃষ্ণদা অহুম্না হায়জে :

রাধাগী মুংশিবগী খুদমবু মন্দোক্লবসিনা মহাকপু মুংশি হৈতনা নহাক্না অশিবগা মায়হন্দুনা। হৌজিক মহাক ওয়োকপা ফিভমদা লৈরে। ঊশিং লৈত্রবদা ভা মচা অমনা কয়া শাংনা হিংহুনা লৈগনি ? তাবিয়ু হে ফত্রবা মাধব। মুৎলয়োইদোবা থাউমৈ চুথৎপিরম্রে নহাক্না থাউ মরীক অমত্তং হাপ্রগা। থানবা য়াগনি মসিবু কয়্না থাউ মরীক অমত্তং হাপলগা। থানবা য়াগনি মসিবু কয়্না থাউ অমুক হাপত্রবদা ? তুজুংবা পোক্লে পুক্লিংদা, থিন্দনা পোকথায়রগনি মসি পুম্বৎ মুৎহন্দুনা। লাকপিয়ু থিন্দনা কনবিরো মাবু। খঙজরে ঐহাক, মুংশিবনা তেকথৎলকই উনরগা শঙ্কা, শঙ্কা, মরূপতো ওইরকই য়েক্লবা লাপনরগা। মসিগী খুদম ওইরি থম্বাল অমসুং মুমিৎনা : লৈকং ফান্দা কারবা থম্বাল চাকথেকই মুমিৎনা, নহাক্না মাবু হয়াওহনবা অতুক অয়াবসু পীবীরে, থাজনা ফংখিবা অয়াবতুমক ফংহল্লে মাবু নঙনা। শুগুনা হায়জে : থা অমা ফাবদা থাজতু শাউখি, থাশিংগী অহিং খুদোং থিবা মতমনি।

মথক্তসু পনগ্রবা চৈতন্যগী পুন্সি য়ায়ী ইবশিংগী মসুং চনবা লোচন চঙথোনবা গীতি-কবি অমনি। মহাক ভাংন-শক্লবদা শিজিন্নরিবা লোনগী য়াহৈ-য়াতাশিং ফজনা শিজিন্নবা ওয়ন্মী অমসুং শিসু শিজিন্নরম্মী। বাংলা কবিতাদা মসিগী লোন্দাসি হাপ্পুনা ইননবা মহাক করিমত্তা হজোয়দনা কয়া হোৎনরম্মী। লোচনগী গুরু নরহরিসু ফজনা ঊশৈ কয়ামুক ইরম্মী। তুংদা ফংলকখিবা খুৎনা ইবা লাইরিকশিংদা নরহরি অমসুং লোচননা ইবা ঊশৈশিং থয়া চণ্ডিদাসকী ভনিতা ( সহি ) য়াওবা থেঙমৈ হায়বসি খঙজিনবা য়াবা অশেংবা য়ানি।

চৈতন্যগা হকথেংননা লোইনখিবা তুংইনবশিংগী মসুংদা ( চৈতন্য শিষ্য ওইনা কনামত্তবু লৌশিন্নমদে। ) রাধা কৃষ্ণগী অমসুং চৈতন্যগী পুসি য়ায়ীগী গীতি-কবিতা ইবা কবি কয়ামক্লম য়াওরম্মী। মথোয়গী মরক্তা থয়া অমদি থোইদোক্না পনবা য়াই। বাসুদেব ঘোষ চৈতন্যগী অঙাং ওইরিঙৈগী য়ায়ীতমক ইরম্মী। মহাক কৃষ্ণগী য়ায়ীগী ঊশৈ থরতমক ইরম্মী অমসুং মসিগী ঊশৈশিং অসি মহাক্না ইবা অতৈ ঊশৈশিং পায়খিবা অহুমনা পায়খিদে। মথাগীসি বাসুদেবনা ইরম্বা কবিতাগী নমুনা অমনি।

নোং লিরি লিরি চুবা অহিং অমদা রাধানা মাগী মুংশিববু খোয়াংনা ভাইরম্মী

হে নোংপুবা লৈচিন চুথরো নঙসু হয়াওনা শ্যাম লাক্লগনি ঐগী নাক্তা চুথরকউ লিরি লিরি তপ্পা অহিংসি লেম্নবা ঐসু হয়াও তরায়া। নোংগী লৈচিন্না মুইরি

নোংথক্তা, খোংলি হন্ডোইনা তালবু চানা, শেকনা খোংলি হাহোংনা উগী উতোন্দা লেনগনি অহিংসি ঐহাক চেৎনা কোনবিদুনা হুংশি লাইনিংগী মখুংডোনা। অনীগী হুংশিনবগী লুরবা হনপুংফংজনিংবগী আশাদা লুপচরি বাসুদেব ঘোষ।

নিত্যানন্দগী ভক্তশিংগী মরক্তা অচৌবা কবি অনিথক য়াওরমী, মখোয়দুদি বলরামদাস অমসুং জ্ঞানদাস অনীসিনি। মখোয় বাংলাদা নমনা ইরমী, ব্রজবুলীদসু থরদি ইরমী। মখোয় অনীমক রূপ গোস্বামীনা তাকপা হৌনবীশিং ভাক্তনা ইরম্মী। মরকসিদা পদাবলী ঈশৈ লেংবা হায়বসিবু সাহিত্য পাম্বা অমসুং পদাবলী ঈশৈ হৈবা বৈষ্ণবশিংগী সাধনাগী ভাব ফোঙদোকপগী শরুক অমা ওইনা লৌনরমী।

বলরামগী খ্বাইদগী ফজবা ঈশৈশিংগী মন্থংদা মমা যশোদানা অঙাং ওইরিবা মচা গোপালবু (কৃষ্ণবু) লাওতক্নবগা লোইননা হুংশিবা মথংশিবু ফোঙদোকপা ঈশৈদুসু য়াওই। মথাগী কবিতাসিদা রাধাগী মফমদা নৌহৌননা হোরক্লিবা কন্নবা কৃষ্ণ প্রেমগী ঈহৌবু ফোঙদোকই:

চহীদি নৌরি অত্তুবু মাগী শাজৎনা তাক্লি মপুং ফারে হায়বা। মূর্তিনা মাল্লি কামদেবগী মরকত মনিনা শাবা। খঙজদে ঐ কনানা করম্না শেমথিবা মাবু। য়েংঙ্ য়েংঙ্রগা মাবু খোইথুম্বনা মহেল্লি। মাঙজরেদো ঐহাক্তি। অমুপ ফজবা শকফমবু উকবরা ঐনা করিদুংগী ঐগী মঙদা, চারে চানা, তূমলে তূমনা লৈরে লেঙদনা ঐগী থম্মোয়দা। চিনবাম্না তঙাং তঙাং, মোমোন মীনোক তনৌবা, শাথেক হৈবা মীৎচিনা য়েংলকপদা অমুক্তং কায়হল্লে শাগৈ, কায়হল্লে তাজনীংবা পুম্বা হুপী ওই-বীগী। কায়রে ঐগী থম্মোয় উরুঙৈ খোই খোই তাবা মাগী পীন্তম অনি। হাই-হাই, অমুপ হেন্দো-হেরাউনবা হুংশিবা কৈদা লোৎলুবা নহানমথৈ? লোইনা লোইনা থাংবা খোঙথাংদো মাগী করিবু হায়সিগে, ঐগী থম্মোয় মৈচাকসে কনাদবু তমসিগে? শোদোকনি নূঙ মচেৎ ফাও শউখু লাংবদা মাগী হকচাংগী। বল-রাম দাসনা হায়জৈ: খজিক শোকপতদা মানা মাঙহনগনি মীতুগী জ্ঞান।

জ্ঞানদাসকী নিংথিজবরা পদশিংদসু অসিগুম্বা থম্মোয়হুংগী ঈহৌবু খোম্বাং রৈ-হল্লুনা চপ মান্নবা মওংদা ফোঙদোকই হায়বসি মথাদা অহুবাদ তৌদুনা পীরিবা অসিনা তাকই। রাধানা মাগী সখী অমগী মফমদা মাগী থম্মোয়গী বাবু ভেং-থোকচৈ:

হাই ওম্মোকপনি। করিহুংগী চৎলুরবা ঐনা কালিন্দী (১) তুরেলদা। ফুচু মুবা হুংশিবদুনা কথোকহল্লে মঙোন্দা ঐগী থম্মোয়বু নমথাক তৌদুনা। ঈরাকনমে

(১) যমুনাগী অতোপ্পা মমিং অমনি

ঐগী মীৎ ফজবগী ইচাওজা মাগী ; লম্মাংনরে ঐগী পুক্লিং ওমহৎনফম লমহাংদা মাগী মথোন কাম্নকপগী, নাইদরে অয়োই-অথম লম্বীদো য়ুমদা হল্লকপগী। হুংদা কায়রে ঐগী থম্মোয়, কপ্রে ঐগী থল্লায় চৈনা থাওবদা। মশাদা পকলিবা থাবু মানবা চন্দনগী ময়াদা ফবা দাগতুনা অমুক ওইরে লাংথাক ঐগী থম্মোয় পুক্তলী। থ্‌াজদা থোনবা সনা মচু ফিগেথক লাক্লি থ্‌াওলাক চেৎনা। তমলম্নে মাম্নু বিধিনা মাওনফম মরু নিংঙোলশিংগী। হুংশা থীবনা লৈওমদে মচেৎ মচেৎ তাদোরে, ঐগী সমাজ, ইমুং-মহুং, হোন-লিচৎ পুন্নমক মচেৎ মচেৎ তাদোরে, শন্দোক্লনি ঐগী অথীবা মিংচৎ সতো ওইরম্বী ঐনা অফবা ইমুংগী লৈথা তাঙ্গেল্লে হাম্লনা শাগৈ অনি (২)। জ্ঞানদাসনা হায়জৈ নওগী থম্মোয় চাউথোকউ।

মথংগী মীয়োলগী কবিশিং অয়াম্বনা নরোত্তম দাস অমস্থং শ্রীনিবাস আচার্যগী শিষ্যশিং ওাক্তা ওইরম্মী। নরোত্তম মশামক অফবা কবি অমা ওইরম্মী। কী-র্তন ঈশৈগী পদ্ধতিশিং অককনবা মওং তাহনখিবসিগীদমক মহাকপু থাগৎফম থোকই। নরোত্তম ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুং অমগী অমত্তা ওাইবা মচাহুপানি অমস্থং অঙাং ওইরিঙৈদগী হোৌনা মহাক ইমুং মহুংগী য়ুম্বান পুন্সিগী চবাংনবহু কম্না হৈনরমদে। মহাক খুদোং হেক ফংবগা বৃন্দাবনদা চৎখিরমী অমস্থং মফম অদুদা অদ্বৈত আচার্যগী শিষ্য অমদগী মহাক দীক্ষা লোৌরম্মী। মফমদুদা ইহান হান্না তুংগী পুনসিদা বৈষ্ণব ধর্মগীদমক মহাক্লা পুন্না হোৎনমিন্নরগদোবা অমস্থং ধর্মসি শন্দোক-পদা মতেং পাংলগদোবা শ্রীনিবাস আচার্যগা অমস্থং শ্যামানন্দ দাসকা মহাক্তা উন্নরম্মী। নরোত্তম বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব গোস্বামীশিংগী পাউতাক কয়ামরুম ফংল্লবস্থ শ্রীনিবাসনা তৌখিবগুমনা মঙোন্দা মথোয়গী প্রভাব অতুক হাক্লা কম্না চঙখিরমদে। নরোত্তম মশাদা বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব গোস্বামীশিংগী অমস্থং বাংলাগী বৈষ্ণবশিংগী ভাব-ধারাশিং পুন্নমক তিম্নহুনা লৈরম্মী। কায়স্থ জাতিগী মীনি হায়হুনা বৃন্দাবনগী মকোক থোংবা গোস্বামী অমত্তনা মঙোন্দা দীক্ষা পীম্নু হায়বা যাদবদগী অদ্বৈতগী শিষ্য লোকনাথ চক্রবর্তিদগী মহাক দীক্ষা লোৌরম্মী। থোদোক অসিদগী ওইবা য়াই মহাক্লা ভক্তিগী লম্বীদা মরম্লাইগী ওইবা মীৎযেং অমা লৈথিবসি। বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা স্বপ্নগী আধ্যাত্মিকী মীয়েংলোমদতগী য়াধা কৃষ্ণগী প্রেমগী য়ারীদা য়াওন্নিবা অলঙ্কার অমস্থং দর্শন শাস্ত্রদা তাংহুনা শেমগৎলকপা মীওইবগী হৌনশা

(২) মসিগী অর্থদি মপামলোমগী ইমুং অমস্থং মানা ওংলিবা ইমুং অনিবু থম্ভনগনি

রাথলগা চানবা নিয়ম বিধিশিং ঙাকনা মথোয়না চৎলম্মী। মথোয়গী রাথলা আধ্যাত্মিকী ওইবা লাইনীং-রাথলা মপুন্নিং লুপ্পবা মীশিংগী লম্বী অনিত্তমক লৈ হায়না লৌই। অমনা পাণ্ডিত্য লৈরবা দার্শনিকশিংগী লম্বী, অতোপ্পদুনা সাধারন মীওইশিং চুম্নগী ধর্মগী ক্রিয়া পদ্ধতিনচিংবা ঙাক্না চৎলিবশিং অহুগী ধর্মগী লম্বী। নরোত্তম অহানবগী লম্বী অসোমদা চৎখিবদগী অকোনবগীসিদা চঙশিনখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক মশাদা য়াওরিবা আধ্যাত্মিক বাদপু থাজবগী ভাব য়াম্না মথৌ কল্লম্মী। মরম অসিদগীনি মহাক্না হৌমিন্নথিবা মকোক ওইনা লৈরবা মীওইশিংগী মরক্তা মহাক মথন্না বৈষ্ণব ধর্মচিন্তাগী মরমদা অমসুং বৈষ্ণব কবিতাদা অনৌবা প্রেরনাবু পোকহনবা ঙমখিবা অমসু' মহাকপু মথোয় মমামসিগী মচৎদা থোইদোক্না থ্বাই পুম্নমক্না কাউনখিবা।

মতুং তাথরকপা মতমদা বৈষ্ণব তাত্ত্বিক চৎপশিংনা নরোত্তমবু মথোয়গী মকোক থোংবা গুরুশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লৌরম্মী অমসুং মসিগী মহৈনা মহাকপু লেথক ওইহন্দুনা অপিক অপিকপা লাইরিক কয়ামক্কম মাগী তুংইনবশিংনা পুথোক্লম্মী। নরোত্তম মশামক্না ইরম্বশিংগী মনুংদা প্রার্থনাগী কবিতাশিং (প্রার্থনা পদাবলী) অমসুং ঈশৈশিং অসিগী মথক্তা ভক্তিগী অমসুং মদুগা মরী লৈননা পাঙথোক্কদোবা নীতি নিয়ম তাকপা অপিকপা লাইরিকশিং থরম্মু ইরম্মী, মথোয়-তুগী মনুংদা থ্বাইদগী মরু ওইবা অমসুং হৌজিক ফাওবদা মীয়ামনা পাম্নদুনা লৈরিবা লাইরিক্তি "প্রেমভক্তিচন্দ্রিকা" (ভক্তিপ্রেমগী থাবলগী মওং) হায়বদুনি। মসিদা কৃষ্ণ দাসকী চৈতন্যচরিতামৃতগী মাঙবা য়াম্রবা প্রভাব চঙলিবদু উবা ফংই। রামচন্দ্র কবিরাজগী "স্মরণদর্পণ" প্রেমভক্তিচন্দ্রিকাগী মওং মতৌগা চপ মান্নে। রামচন্দ্র অচৌবা পণ্ডিতনি অমসুং অচৌবা ইমুংদগী হৌরকপনি। মহাক্কী মমা পোকপা মপুবোক যবোরাজ থান হুসেন শাহাগী অচৌবা কর্মচারী ওইরম্মী, চহী অহল ওইরক্লবা মতমদা শ্রীনিবাস আচার্যগী তিন্নরুবদগী মঙোন্দগী দীক্ষা লৌদুনা বৈষ্ণব ধর্ম লৌখিরম্মী। মহাক্কী মরৌশিং চাউবা অমসুং থম্মোয় শেংবত্ত উমদগী নরোত্তমনা য়াম্বু থোইদোকনা চানবিরম্মী। নরোত্তমগী আধ্যাত্মিক লাইনীংদা মাগী মরূপকী তাত্ত্বিক লাইনীংদগী অনৌবা মচাক থরা ফংলম্মী হায়বসি চুমলবত্ত য়াই। রামচন্দ্রনা ইরবা ঈশৈশিং থরগী মনুংদা অমথক্তি য়াম্না শীংথানিংঙাই ওই। হায়-রিবা ঈশৈসিদা রাধাগী অরোনবা প্রেমগী অন্না-চৈমাখোল ফোঙদোকই।

কনাদবু ফোঙদোকলমগে ঐগী থম্মোয়দুংগী অথুপ্পা য়াসে? থাজবীগনি কনানা মসিবু? শিবা য়াম্নবা চৈনাগী থুক্তুমদুংদা চনক্লে ঐগী থম্মোয়। ঈমাং লাঙলে ঐগী

পুন্নিং হকচাং। লৈমিন্নবা ঐগী ওইবা মীশিংগা। পীরোইনরে ইম্নিং অনিমক মতম চৎন্না হকচাং কান্নাং পুম্বা তুক্তুং মাঙ্গংলে। য়েংথিবা খুদিং অমবতা মউরে। কুমলুবদা তুরেল্দা ইতাশিংগা ফোঙদোকফম খঙদ্রে ফাওথিবত্থু ঐঙোন্দা। যমুনাগী ঈশিং, ঐগী চোইজাইনরবা শমলাং উন্নগা মসিবু করম তপথবা ঙমগনি ঐনা। ঙমদ্রে ঙাকপা অমুক কুল ধর্ম, খঙহল্লে অহুমনা থ্বাইদা ঐনা। ব্রামচন্দ্রনা হায়জৈ। কুচু মুবা হুৎশিবদো উত্থনতা মরেরে মাগী পুন্নিংদা।

ব্রামচন্দ্রগী মনাউন্থপা গোবিন্দদাস কবিব্রাজ ব্রজবুলীগী চঙথোনবা কবি অমনি। বৈষ্ণব ধর্মদা দীক্ষা লৌত্রিঙৈগী মমাঙদা মহাকস্থ মযাম্বগুম্না শক্তি উপাশক ওইরম্মী। মহাক শিব অমসুং শক্তিগী (১) মগুণবু শৈথাবা কবিতাশিং ইরম্মী অমসুং মরাম্বনা তৌথিবগুমনা মহাকস্থ শ্রীনিবাসকী মফমদা দীক্ষা লৌরম্মী। গোবিন্দ দাসনা সাহিত্যগী লমদা অয়োবী থাক যৌথিবসি বৈষ্ণব ধর্ম লৌরবা মতুং য়াম্না কন্না ক্রমশেন্নহুনা ঙমলুদবদগী ফরক্কবা মতম অত্থদনি। মহাক ঈশৈ চাম্মা চাম্মা ব্রজবুলীদা ইরম্মী। গোবিন্দদাস সংস্কৃতকী অচৌবা পণ্ডিতনি অমসুং মহাকনা হৈরিবা সংস্কৃতকী পাণ্ডিত্য ব্রজবুলী লোনদা কবিতা ইবদা শিজিন্নরম্মী। মহাক ছন্দ অমসুং ধ্বনিগী মরম ফজনা খঙলম্মী। মহান্না সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃতকী লৌকিক কবিতাগী ভাব অমসুং রীতিবু নৌনা মথন্নাই হাপলম্মী অমসুং মৈথিলী অমসুং ব্রজবুলী কবিতাশিংদা য়াওবা লৈতেংন্না মওং মতৌবু ফজনা খঙলম্মী। মহাক মতমত্থগী থক্সায়দগী ইহেন হেনবা বৈষ্ণব কবিনি হায়না শীংথানথি। মতম ঙগী বৈষ্ণব সমাজগী লুচিংবা জীব গোস্বামীনা মহাকপু কবিশিংগী নিংথৌ (কবিন্দ্র নন্দ্রগা কবিব্রাজ) হায়বা মিংথোল পীত্থনা ইকাই খুম্নখি।

গোবিন্দদাসকী ঈশৈশিং মথল মথেললোমদগী য়েংবদা থরা ব্রাংলবস্থ অত্থগা অহুভুতিদা থরদং নৌনা উরবস্থ ধ্বনি অমসুং ভাব অনি ফজনা চানহন্দুনা ফোঙদোকই। মায়কৈ অমরোমদগী য়েংবা তারবদি গোবিন্দদাস অস্থম্না মহৈ য়ানখি-বা অসিনা বৈষ্ণব কবিতাবু য়াম্না লৈথা তাথহনথি হায়বা য়াই, মরমদি মহাক্কী খুৎইদা কবিতাগী মহুংদা চেন্নিবা থম্মোযতগী ওইবা মতৌত্থদগী মপাম্বোংগী ওইবা তারগতা হুংঙাইবা রস অদোমদনা হেন্না পুন্নিং চিংশিন্নহল্লম্মী। মতুং মীরোলশিংগী ব্রজবুলী ঈশৈ ইবশিংনা মাগী মতৌ তমত্থনা ইননবা কন্না হোৎনরম্মী।

---

(১) মসিগী কবিতাশিংসিগী মহুংদা অমথক্তমক চেকশিন্না খমলি

গোবিন্দদাসনা ইরম্বা থৃ্াইদগী ফজবা কবিতাশিংগী মরক্তা কবিতা অমা খুদম ওইনা মথাদা পীরি। অরাবদি অনুবাদ তৌবনদি কবিতা মশাদা থাওবা শুন অতুম্বক তাহনবদি ঙমলোই।

নোংমা অমম্বা অহিং নোং হুংশিং মরক্তা রাধানা মযুমদগী লোম্না থোকলক্নুনা মাগী হুংশিবনু থিগে শেমশারম্মী, অমসুং মহাক্কী চান্নরবী সখী অমনা অসিগুম্বা নোংদমফম থঙদবা থৌদো অসি তৌদনবা মহাকপু থামগে হোৎনরম্মী। ইমুংদগী থোকপদা হাংবা তাই কল্লবা থোঙজাউ, লৈথোম-লৈনাংগী লম্বী চৎপদা থুরোং থোকলোই। সিগীম্থ মথক্তা নোং-হুংশিং শীৎলি অথাক-অরাউগা লোয়ননা। নহাক্কী শংবানবা শাড়ীসিবু থাঙবা ঙমগদ্রা নোংজু মতাসিদা? করম্না হৌজিকপু চৎকনি, চান্নথোইবী, পাম্মু মাগা উন্নবা, মানস তুরেলগী রাংমদা। মিকুপ খুদিং থাকলি নোং অকনবা খোল্লাউগা লোয়ননা, মসিগী মথোম্না শেগায়গনি, নাকোং। মায়কৈ খুদিং কুপলি নোংথাং অতৎ-অথম লৈতনা, মসিগী মঙাম্না থকহনগনি নমীৎ অনি, তাঙহনগনি মথোয়বু। হে নিংথিজবী, সিমক্তদা নঙনা চৎলবা যুমদগী, তাগনি থরাখ থাবা চৎপা হুংশি মজুংলাংগী। গোবিন্দদাসনা হায়জে। থম্মনিং-ঙাই অমা অমুক লৈতবে। কাপথোকপ্পবা তেনবু অমুক হল্লিনবা ঙমগদরা।

গোবিন্দদাস রাধা-কৃষ্ণগী হুংশি-হুংওনবু থাদুনা সংস্কৃত্তা অতেনবা সঙ্গীত-নাটক অমা ইরম্মী। "সঙ্গীত মাধবনাটক" কৌবা হায়রিবা নাটক অসিদা মাগী সংস্কৃত ঈশৈ থরা যাওই হায়বসিদা চিংনিনিংঙাই লৈতে অদুগা ব্রজবুলীগী ঈশৈ থরম্ম য়াওরম্বা যাই হায়না থাজনৈ। মসিগী লাইরিকসি অতোপ্পা লাইরিক্তা মতেক অমা লৌথোক্নুনা য়াওরম্বদগী থঙনরকপনি।

গোবিন্দদাস কৌবা শ্রীনিবাসকী শিষ্যম্থ ওইবা অতোপ্পা কবি অমম্থ লৈম্মী। হায়রিবা অনিশুবা গোবিন্দদাস ব্রাহ্মণি, অহানবগীসিনা বৈদ্যনি। ব্রাহ্মণ কবি গোবিন্দদাস চক্রবর্তি বাংলা লোন্দা মপুং ওইনা ইরম্মী। মাগী লোন য়াম্না চম্মী অমসুং হৈশিংবা উৎপগী মওং য়াওদে। মহাক্কী ঈশৈশিংদা হুংশি-হুংওনগী অম্না চৈনাখোলবু অচাবা মতৌদা মপুক তিংনা ফোঙদোকই।

পদ অমা অনিতা ইরম্বা কবি পঙ্গাম য়ামদবা নৎলমদে। তৌইঙবসুং মথোয়না ইরম্বা কবিতাশিং অসিগী মতুংদা য়াম্না ফজবা কবিতা য়াওরম্মী। 'কবিভূষণ' ( কবিশিংগী চাম্নবা ) হায়না ভনিতা পীরম্বা অমনা ইরম্বা অসিগুম্বা ফজরম্বা ঈশৈ অমা মথাদা পীরি। মসিদা অপাম-হুংশিগী কোকঙমম্রবা ঈথৌমাংবগী মৈচাক অমসুং লেপ-পৌ খুমলবা হুংশিবগী মতৌবু থোম্মাং য়ৈহন্দুনা ফোঙদোকই।

ইতারোই খঙনিংঙ্গ্রা নহাক ঐগী থম্মোয়দুংগী ৱা ? হেক খল্লবদা ঐনা অপাম-হুংশি ৱাবু ইনৌ ইনৌ নৌনা চেস্থরক্লি মসি শাফু কয়া। পোকপদগী হৌনা হিংজরক্লি ঐনা য়েংজদুনা ৱূপ অদু নিংথিনা অদুবু পেনবা কৌবা লৈতরে য়েংজ-নিংবা ঐনা। যুগ লাক্সা-লাক্সা চেৎলা কোকঙমদ্রে মৈচাকসে অপাম-হুংশি।। মহাক্কী অমৃত চেল্লবা খোইথুম্নবা ৱাঙাং থকচবকপনি ইতৎতত্তনা অদুবু তাজ-ৱগা মাগী ৱাঙাং হুংঙাইজৈ ঐনা ইনৌতা নৌনা। বসন্তগী অহিং কয়া কয়া লেল্লরুবনি ঐহাক মহানন্দদা তাউজদুনা মাগা পেনবা কৌবা লৈতেদো অপাম-হুংশিগী হুংঙাইরবা ইবাং। মসিগী ৱস খঙলবা কয়ানা তাকপ্রবনি ঐঙোন্দা হুংশি হুংওনগী ৱা কযা কয়া অদুবু যাওদে মদুদা অচুম্বা বস অমত্তা। কবিবল্লভনা হায়জৈ : মী কোটি অমগী মন্থংদা অমা যাওবনা অপাম-হুংশি মৈচাকপু পোকহনবা ঙমগনি থাজদে।

কৃষ্ণগী পৌরানিক ৱারীদা তাংদুনা পদাবলী হাপ্লনবু ওইরবস্থ হাপ্তুদুনবু ওই-রবস্থ অশাংবা শৈরেং ওইনা ইবা ৱারী কয়া তরাতরুকপুবা শতাব্দীগী লেখক কয়ামরুমনা ইরম্মী। মথোযদুগী মন্থংদা খরা অমদি চৈতন্যগী নত্রগা মাগী ভক্তশিংগী চঙ চঙ লাউরিবা শিষ্যশিংমক্তা ওইরম্মী। চৈতন্যগী শিষ্যশিংগী মন্থংদনা গোবিন্দ আচার্য রঘুনাথ পণ্ডিত, পরমানন্দ গুপ্ত অমসুং মাধব আচার্য হাযবশিং অসিনি অদুগা মাগী ভক্তশিংগা শিষ্যশিংগী মন্থংদনা কৃষ্ণ, 'কবিশেখর' অমসুং শ্যামদাস অসিনচিংবশিংনি। রঘু পণ্ডিত ভাগবত পুরাণ থীবনা (কথক) মাগী শিনফম ওইরম্মী, মরম অসিনা মহাকপু ভাগবত আচার্য হায়না খঙনখিরম্মী। মহাক্কী "কৃষ্ণপ্রেম তরঙ্গীণী" ভাগবত পুরাণগী অধ্যায অধ্যায় চাননা লৌথোক-তুনা ইবনি। মাধব আচার্যগী "শ্রীকৃষ্ণমঙ্গল" হাযবসিনা অসিগুম্বা মথলগী কাব্যশিংগা মন্থংদা থাইদগা চাউবা কাব্যনি। ভাগবত পুরাণদা তৌবগুমনা লাইরিক অসিদা কৃষ্ণগী পৌরানিক ৱারী ইরি। তৌইগুম্বসুং হাপনখিদবা ফুঙ্গাৱারীশিংগী লৌশিল্লক-পা হুংশি-হুংওনগী ৱারী মাঙ্গল লৌবগী অমসুং হিৱানবগা মতাংশিং মাগী কাব্যসিদা হাপচিল্লি। তৌইগুম্বসুং মতাংশিং বড়ু চণ্ডীদাসকী কাব্যদা তৌখিবগুম্না ৱারী মপুংদদি চনহন্দনা চুম্না লৈথেৎ ওইনতা থম্মী। মাধবনা বড়াইবু পাউ-পুবীগী শক্তম দা থমদে। অহোইননা নহা ওইরিবী হুপীমচা অমগী মখৌ খঙবী শেন্নবী হুপী অমা ওইহল্লি। মাধবকী লোন ইচম চম্বী অমসুং লাইনা খঙহল্লি। কাব্যসিদা

গোবিন্দ্র আচর্য অমসুং পরমানন্দ গুপ্তগী "কৃষ্ণমঙ্গল" দি মচেৎ মচেৎ তাৱবা খুৎইতগী ওইনা ফংই

য়াওরিবা বর্ণনগী শরুক্কা পদাবলীগী শরুক্কা চাং মান্নে। পুন্নমক অসি য়েংলুরগা হায়বা তারবদি কাব্যসিবু চহিচা কয়া মীয়ামনা পান্নরমলিবসি মতিক চপচাবনি হায়বসিনি। মথান্দা পীরিবসিনা মাধব আচার্যগী কবিগী হৌনবী বর্না তৌবা ভঙ্গী মগুণনি তাকলি।

রাধানা মমান্নবী সখীশিংগা লোয়ননা মথুরা তাবা লম্বীদা মখোয়গী লম্প্রোন-পোৎ য়োন্নুগে চৎলম্মী। যমুনা মপান হেক য়োরকপদা হিরানবা শান্তুনা ভাইরম্বা কৃষ্ণনা মখোয়দা ব্রাজী শাবা হৌরক্লে। কৃষ্ণনা রাধাদা হায়রকই :

ঐগীসে ফজরবা হিনি; মসিদা তোংবশিংনা পীনৈ হরাও হরাওনা লিক্কোল হুমফুগা মরী। নঙগী লুপ্লবা নীংথু, মকা ফল্লবা থাবোম, নথম্বগা মান্নরগনি লম্বা যাত্রী তরাগা। তাবীয়ু গোয়ালিনী ইবেম্মা, ঐনা উবদা খঙজরে নহাকসে মম্নং কনবীনি হায়বা। অরানমন লেপলো, চিঙৈ কারক্তুনা ফমলরো হিন্নুংসিদা। নঙগী নপোৎ ঐগী হিদা পুদৌবা মমল য়ামবা ভাকনি, অত্থুবু করিদি ফংগনি ঐ মতুদৈ? হুল্লু খগা অচাবা হিরানমন অমুক তিরুদনবা মতুংদা। মসি ঐগীদি শিনফমনি। নহা ওইরিবী নঙনি, ঐনা নহা ওইরিবা হিহোনবা, অরেম্বা ব্রারীদা হৌহে মতম। কৌরি ঐবু কনানো অমনা অসোমথংবা তোর্বানদৈ, অরেম্বদা পলহল্লে ঐবু মফমসিদা। খোঙচৎ অহুমদি শুরগনি ঐ চৎলমলবদি ভসাইনা। অহানবদা পীয়ু ঐঙোন্দা, চানবা থরদং, ক্ষীর, দই, শঙ্গোম, শঙ্গোমপান, কন্ননবা ইপাঙ্গল হিহোনবদা। হায়জে মাধব ব্রাহ্মন্না। যত্থুশিংগী মবুংঙো প্রেমিকনি মরো শিং চাউবা; মাগী ব্রাঙাংনা লোৎলি মপুক্তা নীংলিবা।

দেবকীনন্দন সিংহগী 'লেখক-নাম' হায়বদি ভনিতা কবিশেখর কৌরম্মী। মহাক সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন অনিমক্তা ইরম্মী। মহাকনা সংস্কৃতা ইরম্বা মহাকাব্য অমগা কৃষ্ণ লীলাগী নাটক অমগা অনিসিনি। বিষয় অসিদা বাংলা লোন্দা গীতিকবিতা অমসুং ব্রাজী ওইনা ইবা কাব্য কয়ামরুম ইরম্মী। মহাক্কী ইরোই লোইবা লাইরিক "গোপাল বিজয়" হায়বসি মরু ওইনা কুংশি-হুংওনগী মতাং শৈথাবদা অমসুং অতৈ শরুক্তা বড়ু চণ্ডীদাসকী লাইরিক্কা য়াম্না মান্নরম্মী। মহাক্কা অসিগুম্বা অপৌরানিক ওইবা অমসুং খরা লেমফাক্তবা মতাংশিং অসি হাপ-লুবগীদমক ভাকপীনবা হায়জরিবদি মাগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা মতাংশিং অসি হায়, তাকপীরম্মী হায়বসিনি।

তরাতরুকশুবা শতাব্দীগা অনিশুবা তম্মায়গী মরুং চনবা মতমদা শ্যামদাসনা “গোবিন্দমঙ্গল” ইরম্মী। শ্যামদাস মশাদা মশাবু ‘রাজবরবা’ (দুঃখী) হায়না কৌজরম্মী। মসিগী রাগী কবিশেখরগী লাইরিক্তা ইরিবা মওংদু ইন্দুনা ইরম্মী। ইরিবা খুৎই য়াম্না চম্মী অমসুং লৈশি-লৈথোম্না ই। মরক মরক্তা কবিতা অমগী হৌনবী ফজবা খিবিক য়াওই। মসি মীয়ামনা য়াম্না পাম্নরম্মী।

## তরাশুবা পন্দুপ

# নিংথৌশিংগী দরবারনা য়োকখৎলকপগী চৎনরকপা

হৌজিক ফাওবা ফংবা প্রমাণশিংগা মতুংইন্না বাংলা দেশতা ইহান হান্না ব্রজবুলীদা গীতি কবিতা নত্রগা ঈশৈ ইথিবসি রাজসভানা মত্তে পাংবিখিবা মীওইশিংনি। খ্বাইদগী লিরবনি হায়না থঙনবা অসিগুম্বা মথলগা কবিতা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ধন্যমাণিক্যগী (পানবা মতম ১৪০০-১৫২৬) রাজপণ্ডিত অমনা ইরম্বনি। মথংগী ঈশৈনা হুসেনশাহাগী সভাসদ যশোরাজ খানগীনি (মহাক শ্রীখণ্ডদা লৈবা দামোদর সেন হায়বত্থুগা মীশক অমত্তনি হায়না খাজনৈ)। কবিরঞ্জন নত্রগা কবিশেখর হায়না মিঙ্গোনবা রাজকবিশিংনা ইবা ঈশৈগা পদশিংদো হুসেন শাহাগী অমসুং মাগী মচানুপা অনী নসরৎ অমসুং গিয়াসুদ্দীনগী মমিং য়াওই। কোচবিহারগী নিংথৌ নরনারায়নগী দরবারদা নিংথৌবু থাগত্তুনা ব্রজবুলীগা ঈশৈ ইবা শঙ্করদেব অমসুং ধীরেশ্বর লৈরম্মী। হুসেন শাহাগী মচানুপা ফীরুজ শাহানা মা॥ রাজকবি শ্রীধর ব্রাহ্মণদা বিদ্যাসুন্দরগী ৱারীগী কবিতা অমা ইয়ু হায়রম্মী। বাংলা লোনগী খ্বাইদগী লিরবা মহাভারতকী ৱারী অনীথক হুসেন শাহাগী প্রাদেশিক শাসন কর্তা অনীনা শোগৎপীবদগী ইথিবনি হায়রবসি মথক্তস্থ পনগ্রে। অসিগুম্বা মথলগা অহুমশুবা কবিতা (শ্রীকর নন্দীগী কাব্য দোনা জৈমনীয় সংহিতাদগী লোথোকপা অশ্বমেধগী ৱারী) হুসেন শাহাগী শাসনগী থবক পুবা কর্মচারী রামচন্দ্র খাননা ইরম্বনি। সন্ন্যাসী ওইরবা তুংদা চৈতন্যনা অহানবা পুরী তান্না চৎপা থোঙচত্তা মতমদুদা গঙ্গা তুরেনগী খা থংবা তোরৈনা কোনবা লমথৈশিংগী রাজ্যপাল ওইরম্বা রামচন্দ্র খান্না বঙ্গদেশ অমসুং উড়িষ্যাগা খুদোংথৌনিংঙাই ওইবা লমথৈশিং লান্দুনা চৎনবগীদমক চৈতন্যগী মত্তে পাংলম্মী। রামচন্দ্রগী কবিতাবলি ১৫৩২ দা ইরম্বনি। মসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা ৱারী ওইনা ই। করি করিগুম্বদা হৈনিংবা পোকহনবা হৌনশা থোদোক-ৱাথোক্কী ৱা য়াওই। রামচন্দ্রনা বাংলা লোনদা মহাভারত মপুংফানা ইরম্মী হায়না খাজনৈ। জৈমিনীয় সংহিতাবু বাংলাদা হন্দোক্তুনা ইবা অহুমশুবা লাইরিক রঘুনাথ কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা শাল ১৫৬৭ অহুরাইদা ইরম্মী। উড়িষ্যাগী অরোইবা মনীং-মখা তম্মা পানখিবা নিংথৌ মুকুন্দদেবগী রাজসভাদা মহাক্না মাগী কবিতাসি পাখম্মী। অমাতরেং অমসুং অহানিপানশুবা শতাব্দীশিংগী মফমদা থরমথৈ মনীং-মখা তম্মা পারবা নিংথৌশিংগী অমসুং জমিদারশিংগী সভাশিংনা জৈমিনীয় সংহিতাগী অশ্বমেধগী ৱারী অহুম

পাম্লরম্মী। বিষ্ণুপুরগী মল্ল নিংথৌশিংনা অমসুং বাংলাগী নোংপোক, অল্লাং অমসুং নোংচুপ থংবা ভমথৈশিংদা তাবা লমদমশিংগী লুচিং-পুরেনশিংনা য়োকখৎপদগী মসিগী ল্লাল্লীসি লেখক কয়ামরুম্না ইনরম্মী।

তল্লাতরুকণ্ডবা শতাব্দী লোইশিন্নকপদা কামতাগী (কোচবিহাল্লগী) নিংথৌগী দরবারদা সাহিত্যগী চৎনবী অমা শেম্নগৎলম্মী। মসি হৌখিবসি বিশ্বসিংহনা নিংথৌ হেক ওইরকপদগীনি (১৫২২) অমসুং মহাক্না রাজদরবারগী প্রতিবেশ পুম্নমক আর্যশিংনা তৌরম্বশিংগা মান্ননা শেমগৎনবা হোৎনরম্মী। মাগী ইহন হনবা মচান্থপা অমরসিংহ মপানা হিংলিঙৈদগী হৌনা বাংলা কবিতাবু য়োকখৎলম্মী। মহাক্না হায়জবদগী দরবারগী কবি পিতাম্বরনা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী ল্লারীশিং বাংলাদা কবিতা ওইনা সাল ১৫৮০ দা ইথোকলম্মী অমসুং মসিগী মতুং চহী তরামরী লৈরগা মহাক্না মহাভারতগী লৌথোক্তুনা "নলদময়ন্তী চরিত" ইরম্মী। খ্বাইনা খঙনবা মাগী অতোপ্পা লাইরিক অমনা ভাগবত পুরাণদগী লৌথোক্তুনা ইবা কৃষ্ণগী ল্লারীহুনি। বিশ্বসিংহগী তুংদা মাগী মচানুপা নরনারায়ণনা নিংথৌ ওইরম্মী (পানবা কুম ১৫৫৪দগী ১৫৮৭ ফাওবা)। নরনারায়ণগী মনাউহুপা, সেনাপতিসু ওইবা শুক্লধ্বজ অনীণ্ডবা নিংথৌগুম ময়াম্বগা পানমিন্নরম্মী। মচিন-মনাউ অনীমক্না কবিতাবু অমসুং পণ্ডিতশিংবু য়াম্না মথল্লায় যাওনা য়োকখৎলম্মী। কামরূপ অমসুং কাছারগী দরবারশিংদা আসামগী খা থংবা লমদমগী মমারোন্দা ইবা কবিতাশিং পাবা-থিবনচিংবা হৌদোকখিবসি কামতাগী রাজদরবারনা কন্না শৌগৎপদগীনি।

আসামদা নৌনা হৌদোকলকপা বৈষ্ণব ধর্মগী আদিগুরু শঙ্করদেবনা (নোঙ্গাখিবা ১৫৬৮) মাধব কন্দলীগী (কামরূপ অমসুং আসামগী বরাহ নিংথৌ মহা মাণিক্যনা হায়জবদগী ইখিবা) রামায়ণদা উত্তরকাণ্ডগী শ ক হাপচিন্দুনা মপুং ফানা ইবা লোইশিন্নম্মী। শঙ্করদেবগী মপুবোক বরাহ নিংথৌগী কর্মচারী ওইরম্মী। মাগী পোক্নফম ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান্দা তাবা খুঙ্গং অমদনি। শঙ্করগী শাস্ত্রবু থৌওইদবা সামাজিক থৌদৌশিং আসামগী শাস্ত্র বিশ্বাসী ওইবা ব্রাহ্মণশিংনা খাঙবদা ল্লারম্মী, অমসুং মসিগী মরমদগী শঙ্কর কামতাগী নিংথৌ নরনারায়ণগী মফমদা চঙজফম নিবা তাখিরম্মী। শঙ্করগী মমারোন্দা ইবা লাইরিক পুম্নমক কামতাদা ইরম্বনি। শঙ্করগী শিষ্য মকোক মাধবদেবসু কামতাগী রাজদরবারদা চঙজহুনা লৈরম্মী। মাধবদেবনা মমারোন্দা ইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ভক্তিগী কবিতাশিং অমসুং ঊশৈশিং অমসুং কৃষ্ণলীলাগী কাব অনীথক ল্লাওই।

নরনারায়ণ অমসুং শুক্লধ্বজগী রাজদরবার বাংলাদেশকী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদা লৈবা কবিশিং অমসুং পণ্ডিতশিংগী রুফম মফম ওইরম্মী। রাফম অসিগী মরমদা দরবারসিগী কবি অনিরুদ্ধনা অসুম্না হায় :—

নিংথৌশিংগী অথোইবা নিংথৌ নরনারায়ণ৷৷ জয়। মাগা মান্নবা লৈতে নিংথৌ অমা অতোপ্পা ধর্মনীতি পুরাণ মহাভারত, শাস্ত্র পুম্নমক নৈনজুনা মহাক্না লেপ্লি অহিংচুপ্পা লেঙশিল্লগা সভাদা। গৌড়দ ' কামরূপতগী লাকপা পণ্ডিত পুম্বা তিল্লরে মাগী সভাসিদা পাণ্ডিত্যগী অমসু সংস্কৃতি৷৷ থন্ন-নৈনকম ওইরিবা। কবিশিংনা নৈনৈ মফমসিদা শাস্ত্রগী রা ঙাক্তা। থৌজানবিরে ঐবুস্থ মহাক্না পীবিদুনা কমফম অমা সভাগী মচি অমদা।

শুক্লধ্বজ কবিতা, সংস্কৃত অমসুং মমারোনবু থোইদোক্না পামজবা মীনি। মহাক্না হাযজবদগী অমসুং হোৎনবদ৷৷ দরবারগী কবি অনিরুদ্ধনা ('রামসরস্বতী' হাযবা মিঙ্গোদা থায়না ইকাই খুম্নখিবা) মহাভারতকী পর্ব কযাম্ম বাংলাদা কবিতা ওইনা ইথোকলম্মী। অনিরুদ্ধনা হেক অহৌবদা মঙোন্দা অসুম তৌননবা হাযখিবা রা অসুম্না ফোঙদোকই :—

নিংথৌগী মনাউ অমসুং যুবরাজ শুক্লধ্বজ মরৌশিং চাউই অমসুং তৌঙমদবা লৈতে। থৌদাখি মানা ঐঙোন্দা হরাও হরাওনা 'ভারতপু পয়ার ছন্দদা ইথোকপীয় নহান্না। লৈ ঐগী য়ুমদা ভারতকী অপূনবা পর্বগী লাইরিক, পুবিথো মসিবু নয়ুমদা, পীরবনি মসি ঐনা নঙোন্দা।' তাকপীরগা অসুম্না শন লাবা অনীদা হাপ্পুনা, থিল্লকথি লাইরিক্কী মযোম ঐগী য়ুমদা। পীবীথি ঐঙোন্দা অচা-অথক মরাং কায়না, থারকথি তুপী-মুপা কযা ঐগী সেবা তৌনবা। ইকোকথক্তা হাপ মাগী সনাযাথং অমসুং চেৎনা কোক্ত থম্মোয়দা শ্রীকৃষ্ণ৷৷ চরণ অনী, ইজ ঐনা পদগী পবেং, মপা লৈত্রবা. থোইথুম্নরবা, কৌবদো বণপর্ব।

শুক্লধ্বজনা, অহানবদা শুক্লধ্বজগী মিংদা কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা, জয়দেবগী গীতগোবিন্দগী টিকা তৌবা অচৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী। মসিগী লাইবিকসিনা য়ুম্ফম ওইরগা অনিরুদ্ধনা 'জযদেব' কাব্য ইরম্মী। কাব্যসিদা মহাক্না জয়দেবগী কাব্যদা য়াওরিবা বিষয অদুবু ভাগবততা যাওরিবা অদুগা চান্নহন্দুনা কৃষ্ণলীলা ইরম্মী।

কামতাগী (তুংদা বিহার অমসুং সিগী অমূক মতুংদনা কোচবিহার হাযনা খঙনখিবা) রাজদরবারনা পণ্ডিত অমসুং কবিশিংবু য়োকখত্নুনা লৈরম্মদু থক তোকলমদে। নরনারায়ণ অমসুং শুক্লধ্বজগী মচা-মতুশিং মহাভারত অমসুং রামায়ণগী অমসুং পুরাণগী রারীশিং পাম্বা ঙাক্তা ওইরম্মী। মরম অসিনা মতুং শতাব্দীশিংগী

মখোয়গী রাজদরবারশিংগী কবিশিং পুন্নমক্কী মপুংওইবা থৌদো হায়রবু হায়রিবা রারীশিং অনুবাদ তৌবসিনা ওইরম্মী। মহাভারতকী রারীশিং অনুবাদ তৌবদা কবি কুনলোম চঙলম্মী অতুগা রামায়ণগীনা কবি তরানিথোইরোমনা হোৎনরম্মী। মথাগী পুরাণশিং অসিদস্থ মমারোনগী কবিশিংনা পুন্নিং চঙনা হোৎনরম্মী, মখোয়চুদি, 'ব্রহ্মবৈবর্ত্ত', 'ধর্ম', 'মার্কণ্ডেয়', 'নারদীয়', 'নৃসিংহ', 'পদ্ম', 'শিব', 'স্কন্দ' অমসুং 'বিষ্ণু'।

অরাং-নোংপোক অমসুং খা-নোংপোক বাংলাগী লৈবাকশিংগী নিংথৌশিং অমসুং অতৈ লুচিংবা পুরেনশিংস্ম কামতাগী রাজদরবারনা বৈষ্ণব পৌরাণিক রারীশিং বাংলা লোন্দা হন্দোক্কনা ইবা অইবশিংদা মতেং পাংখিবগা মতৌদু ইল্লম্মী। ত্রিপুরাগী গোবিন্দ মাণিক্যনা মাগী দরবারগী কবি সিদ্ধান্ত সরস্বতীদা 'বৃহৎনারদীয়' পুরাণ বাংলাদা অনুবাদ তৌননবা শিন্নরম্মী (১৬৬৯)। মহাক অনুবাদ অসিদা অস্থপকী মতিক পেনখিরম্মী মতুদি মহাক্না মাগী সভাসদশিং অমসুং মকোক ওইবা প্রজা মীয়াম পুন্নমক্তা মখোয় মখোয়গী মরম্নাইগী ওইনা পাননবগীদমক অনুবাদ অসিগী নকল লৌথোক্লবা হায়রম্মী। দরঙ নিংথৌ দুর্লভনারায়ণগী মন্ত্রী অমগা মচা হেমসরস্বতীনা পুরাণগী রারী খরা বাংলা ছন্দদা অনুবাদ তৌদুনা ইথোকলম্মী। অধ্যাত্ম-রামায়ণনা যুমফম ওইদুনা ইথিবা লাইরিক্কী লেখক ভবানীনাথ জগৎমাণিক্যগী তলব চাবা লেখক অমনি। মসি ইবগীদমক মহাক নোংমদা মুদ্রা তরাখক ফংলম্মী।

হায়রিবা রায়েল-থৌদাগী চুপলী পায়রিবা কাঙবুশিং অসিগী ইবেম্মশিং খরস্ম সাহিত্যবু য়োকখৎপা পাম্বীশিং ওইরম্মী। কাছারগী তাম্রধ্বজগী লুখ্রা ওইরবী ইবেম্মা চন্দ্রপ্রভা অসিগুম্বী মুপীনি। মহাক্না থৌদোংবদগী সাল ১৭৩০ দা ভুবনেশ্বর বাচস্পতিনা 'নারদীযরসামৃত' কৌবা নারদীয় পুরাণদগী ছন্দগা লোযননা লৌথোক্কনা লাইরিক অমা ইরম্মী। মতমসিদগী হৌদুনা কাছারগী রাজসভা বৈষ্ণবগী মপুং ফাবা মত ইল্লম্মী অমসুং বৈষ্ণব সাহিত্য পামলম্মী কাছারগী অরোইবা নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র (পারম্বনা ১৮১৩-৩১) মশামক বৈষ্ণব ঈশৈগী লেখকনি অমসুং মহাক বৈষ্ণব ঈশৈগী লাইরিক অনীথক লেংলম্মী।

পরাগল খান অমসুং মাগী মচাশিংনা চট্টগ্রামদা হৌদোকলম্বা সাহিত্যগী চৎনবীশিং শতাব্দী অমগা মতুং, বাংলাদেশকী প্রভাবনা মখোয়গী লৈবাক্তা অহোইননা কল্লা চত্তশিন্নরুবা মতমদা আরাকানগী রাজসভাদা অমুক চৎনরম্মী। আরাকান রাজসভাগী মুসলমান কবিশিংনা কাবি করি তৌরবগে হায়বা মথাগী পন্দুন অমদা হায়রকনি।

মোগল শাসনগী রাংমদা লৈগ্রবা থরমথৈ স্বাধিন ওইনা পানবা খা-নোংচুপ থংবা বাংলা লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা অরা-অনা নংলবা কবিশিং অমসুং পণ্ডিতশিংদা মখিংতগী ওইবা মতেং পাংলম্মী। মখোয়গী মন্থংদা খ্বাইদগী চাউরবা অমসুং খ্বাইদগী মরু ওইবা বিষ্ণুপুরগী মল্ল নিংথৌশিং নত্তুনা অত্তোঞ্চা নিংথৌ অমত্তনা মখোয়গী রাজসভাদা সাহিত্যগী অমসুং পাণ্ডিত্যগী লমদা হৌনবী চৎনবীশিং হৌদোক্কনবা কল্লিমত্তা হোৎনরমদে। শ্রীনিবাস আচার্যনা বিষ্ণুপুরগী নিংথৌ বীর হাম্বীরগী থম্মোয়বু জয় তৌরবগী মতুংদা বৈষ্ণব ধর্মনা সংস্কৃতিগী য়াওল অমা ওইনা আইন-কানন চত্রবা মল্ল নিংথৌশিংগী ভমথৈশিং লান্দুনা চঙশিল্লকখি। শতাব্দী অমমকপু ফাবাগ্রিডৈ মথংদা মী মরক শা-মরক ওইরবা অমসুং হিংচা য়াইতম্বা মী ভাক্তনা লন্না লন্না তাবা উমং-রাম্নং অমসুং চীং-মান ভাক্তা ভায়বা লৈবাক অসিগী মফম পুম্নমক শিনথুংনা বৈষ্ণব ধর্ম শন্দোকখিরম্মী। বিষ্ণুপুরগী মীয়োক-মীচান ফজরবা রাজদরবারনা বৈষ্ণব পুম্নমকপু সন্নাসী থওদে নত্তবা থওদে তরাম তরাম ওকলম্মী। তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী লোইশি-কপা অদুরাইদা সংস্কৃতিগী পারমচৎ অমা মহুগী রাজদরবারদা মপুং মরা তাখিরম্মী। চেক্কী লেপ্লবা মন্দিরশিং নিংথৌগী যুমশাবশিংনা শারম্মী অমসুং রাজসভাগী কবিশিং, কবিচন্দ্র হায়বা মিংথোল ফংলবশিং অসিনা রামায়ণ মহাভারত বাংলা লোন্দা ইরম্মী অমসুং কৃষ্ণগী পৌরাণিক থৰী গীতি কাব্যদা অমসুং শৈরেংগী রারী ওইনা ইনরম্মী।

গোপালসিংহনা ( পানবা মতম ১৭৪১-৪৮ ) পানবা কুমদা বৈষ্ণব ভাব পাম্নরকপগী খ্বাইদগী অরাংবা থাক য়োৎলম্মী। মহাক য়াম্না লাইনীং চেৎপা অয়োবী বৈষ্ণব অমনি অমসুং মাগী প্রজা খুদিংমকপু অদুম্না তৌবা পামলম্মী। মহাক্না মাগী প্রজাশিংবু চুমিদাংরাই খুদিং ঈশ্বরগী নাম শোলহল্লম্মী। ওক্ত-শাজং চৎপশিং করিগুম্বা মহাক্না থওলকপা থোক্কবদি অকনবা দণ্ড পীরগনী পক্ষ খুদিংগী তরামাথোইনি পানবা চুমিত্তা ( হায়বদি বৈষ্ণবশিংগী শেংলবা একাদশী চুমিৎ অসিদা ) কন্না অনা শঙ্কুমলিবা মী, চাজেনবী মমা অমসুং অভাং মখোয়শিং অসি নত্তুনা কনাগুম্বা অমত্তা অয়ুক-চুংখিন্দা চাবা-থকপা য়াদে হায়না থিংলম্মী অমসুং নিংথৌগী শগোলশওদা অমসুং শঙ্গোন্দা চরু-নচিংবা হাপ্পা য়াদে হায়নস্থ থিংলম্মী অমসুং মসি ভান্না চৎকদৌবনি হায়রগী আইনস্থ লৈরম্মী। গোপালসিংহ দান তৌবদা মীশক মীমায় য়েংলমদে অমসুং লেথক কয়ামরম্না অসিগুম্বা মাগী মগুণবু শৈথাদুনা ঈশৈ কয়ামং ম ইনরম্মী। মাগী রাজসভাগী কবি অমনা মাগী মমিংদা "কৃষ্ণ মঙ্গল" কাব্য অমা ইরম্মী। মহাক্কী রাজসভাগী মকোকচিংবা কবি ( কবিচন্দ্র ) শঙ্কর চক্রবর্তী মতিক মগুণ লৈবা লেথক্নি। বিষ্ণুপুরগী রাণীশিং

অমসুং রাজকুমারীশিং মতমদুগী নোংপোক ভারতকী খুাইদগী লাইরিক-লাইশু হৈবী ইবেম্মশিংনি।

মল্লগী রাজদরবারনা সাহিত্যবু চংথোম্না যোকথংখিবগী মতৌদু য়ুমলোন্নবা লুচিং পুরেনশিং অমসুং জমিদারশিংনা তম্লবম্মী। ধলভূমগী নিংথৌ অনন্তধবলনা হাযবদগী মহাক্কী রাজসভাগী কবি জগন্নাথ সেন্না বাংলা শৈরেংদা তরানিপালগুবা শতাব্দীগী হৌগংলকপা মতমদা হিতোপদেশ ইরম্মী।

অরাং বাংলাগী লমথৈদা ইংান হানবা বাংলা কবিতাবু যোকথংখিবা জমিদারদি তরাতরেৎগুবা শতাব্দীগী অবোইবা মতুংগী মতুংচনবা মতমদা নৌনা ফাওগৎলকখিবা সাঁওতালগী (পাবনাগী) রামকৃষ্ণ হাযবদুনি। “অদ্ভুত-রামাযণ” দগী লৌথোক্নুনা রামাযণ কাব্য ইখিবা ‘অদ্ভুতাচায’ হাযনা ফাংখিবা কবি নিত্যানন্দ আচার্য রামকৃষ্ণনা যোকথংলম্মী। নিত্যানন্দগী কাব্য অরাং বাংলাদা য়াম্না পাম্নরম্মী অমসুং মহাক্কী কাব্যসিগী শরুক কযামঙম কৃত্তিবাসনা অনুবাদ তৌদুনা ইখিবা লাইরিক্তা যাওশিন খিরম্মী। বাংকুরাগী ময়ম থুপ্নুনা লৈবম্বা অতোপ্পা কবি অমনা শ্রীকৃষ্ণজীবন দাস বৌনা চণ্ডীমঙ্গল কাব্য লেংবদুনি।

তরামাথোইগুবা পন্দপ

## চণ্ডীমঙ্গল অমসুং মনসামঙ্গল

বৈষ্ণব সাহিত্যগী কবিতা নত্তবদা তরাতংকগুবা শতাব্দীগী খুদাইদগী অংথোইবা লাইরিক্তি মুকুন্দরাম চক্রবর্তীগী "চণ্ডীমঙ্গল" নি। অসিগুম্বা মওংগী কবিতা খুদাইদগী হান্না ইবা লেখক্তি হায়না মমিং চৎখিবদি মানিক দত্তনি অমসুং মুকুন্দরামনা মথুৎনা ইরম্বা চণ্ডীমঙ্গলগী লাইরিক অমা অনীদা লাইরিক অসি মানিক দত্তনা 'অসিনি হায়না লেপ্লবা খুৎইগী মওংবু লৌহুনা' ইবনি হায়না পল্লম্বা থেংনৈ। তৌইগুম্বসুং মানিক দত্তনা ইরম্বনি হায়না অরাং বাংলাদা তরানিপানগুবা শতাব্দীদা ফংলিবা লাইরিক অসিনা মুকুন্দরামদা অশ্লপ্রেরনা পোকহনখিবা লাইরিক্তদি ওইফম থোক্তে। অসিগী মথক্তা হায়রিবা খুৎই লাইরিকসিদা মুকুন্দরামগী মতুংদা থোকখিবা থৌদোকশিংতা নত্তনা চৈতন্য অমসুং মহাক্কী ধর্মগা মরী লৈনবা ব্রাক্ষম কয়া অমসু পল্লি। তৌইগুম্বসুং কাব্য অসিগী মচাকশিংদা অবিবা মতমগী মচাক শুকয়াওমক যাওদবদি নত্তে।

হাযরিবা চণ্ডীমঙ্গল অসিগী লেখক মানিক দত্তগী অবিবা চণ্ডীমঙ্গলগী খুৎইগী রীতি ইনবা মীশক্তদি নত্রে। খা-নোংচুপ বাংলাদা (কলিঙ্গদা) চণ্ডীপূজাগী ঈশৈ হৌদোক্লম্মী হায়বা অহানবগী (আদি) মানিক দত্তগী ব্রারী ঐংখাগী (অকোনবগী) মানিক দত্তনা ইবা কাব্যদা অম্নুম্না পীরি :—

অম্লরশিংবু মহাক্না ওল্লবদা চণ্ডী মীথোই-মীহেনবীনি হায়না লাইথাম্না য়ারম্মী। মতম খরা লৈরগা মীযাম্না মাবু মাগী মগুন থারগা ঈশৈ শক্তনা অমসুং জগোই শাহুনা পূজা তৌনবা চণ্ডীনা পামলম্মী। নারদনা চণ্ডীদা মথোন্দা চৎকদোবা পূজাগী পদ্ধতিশিংদু (ঈরাৎ থৌনীগী ব্রা) ফিভম কাযরবা, মনা পওলবা অমসুং মথোঙ তেক্লবা মানিক দত্তদা তাকপীয়ু হায়না পাউতাক পীরম্মী। চণ্ডী দেবীনা হন্নবী অমগী শক্তম লৌহুনা মানিক দত্তগী মমাংদা লাকলম্মী। দেবীনা মথোন্দা মীযাম্না পায়গদোরিবা মহাকপু পূজা তৌবগী পদ্ধতিশিং শেম্লনবা অমসুং মত্লম্ন শৈরেংদা ইননবা তাকপীরম্মী। মহাক্না অসিমম্ন তাকপীরম্মী মত্তদি মাগী মচাহুপা অনী, রঘু অমসুং রাঘব অনীনা মহাক্কী তেংবাঙবা ওইনা মথো নীংথিনা পাঙথোক্কনি। অসিগী তুংদা দেবীনা তুম্লিবা হুপাহুবু মখুৎনা নানবিরম্মী অমসুং খুদক্তমক্তদা মাগী ফিভম কায়রম্বা পুম্নমকপু পুমক ফখিরম্মী। দেবীনা মাগী ঈরাৎ-থৌনীগী ব্রারোলশিংহু

মাগী লুখুমদা থমলল্লগা মথন্তা মাঙখিরম্মী। অয়ুক য়াহৌরকপদা মানিক দত্ত পুম্নওন ওল্লবা মীশক অমা ওইরম্মী। চণ্ডীনা পীরম্বা ঈরাৎ-থৌনীগী লাইবিক্তু মহাক্না থগুদবা লোন সংস্কৃতা ইরম্বনা মাগী মরুপ শ্রীকান্ত পণ্ডিতকী মতেং মহাক্না লৌরম্মী। পণ্ডিতসিনা মঙোন্দা সংস্কৃতা ইরিবতু শন্দোক্না তাক্লম্মী অমসুং মানিক দত্তনা মতুবু বাংলাদা ইথোক্লম্মী। অসুম্না ইবা কাব্যদা পদ (নাচাড়ী) চহুম্না তিল্লম্মী। মসিবু মীয়াম মমাঙদা শক্লনবা অমসুং থিননবা ঈশৈ শকপা কাঙবু অমা মানিক্না শেমগৎলম্মী। মানিক মশানা ঈশৈ হন্দুনা (গায়ক) মাগী মচা অনী রঘু অমসুং রাঘবনা তেংবাংবা 'পালি' ওইতুনা (দোহার) ...রগা, শ্রীবাসনা পুং বৈতুনা ঈশৈ শক্লম্মী। ঈশৈগী কাংবুসি কলিঙ্গ তাম্না চ...। ...মতুদা য়ুমথা' লৈনা ঈশৈ শক্লম্মী অমসুং মতুবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্লম্মী। ঈশৈ শক্...না অমস... ...গাই শাতুনা লাই পূজা তৌবগী অনৌবা চৎনরকপা অসিনা মাগী প্রজাশিংবু মপৌদা মপুরাং চঙহনদ্রে হায়বা কলিঙ্গ নিংথৌ খঙলকলম্মী। মানিক দত্তবু মাগী অসিগুম্বা মাগা ম রূদবা থৌদৌসিগী মরম পীদুনা নিংথৌনা কৌথংলম্মী। মহাক্না মাগা বারীতু, নিংথৌদা লীরম্মী তৌইগুম্বসু মতু নিংথৌনা থাজরমদে অমসু মানিক দত্তবু কৈশুমশঙদা চিংনবদগী খাদুনা থমলম্মী। মসিদা নিংথৌগী মমঙদা দেবা... ...তুনা থম্লিবা কবিবু নো... হেক ঙানবগা থাদোকউ হায়না অকিবগী মখক ফংলবা শক্তম্বু লৌদুনা হায়রম্মী। থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি নিংথৌতু মানিক্কী অথোইবা অভিভাবক ওইখিরম্মী।

ব্রারীসি তৌবদগা লোইবা মাঙবদা বল্লনা ...তুনা হবমক্তনি। পৌরাণিক ব্রারীগী হৌনবী মচাক কয়াস্ত যাঙবা ...তৌই। অতুগা মমৈদা অসিগুম্বা কবিশিং ইরম্বশিংগুম্না) মানিক ব্রাহ্মণ ...বা মাল্লি অমসুং মসিদা য়াওরিবা ঈরাং-থৌনীগী মতৌসিসু কলিঙ্গবোমদগী ইহান হান্না হৌরকখিবা মাল্লি।

ব্রাহ্মণ (দীজ) মাধবকী চণ্ডীমঙ্গল সাল ১৫৭৯ গী অতুবাইদা হরম্বা যাই। মাগী লাইরিকসি ইবা মতমদা মহাভারতকী নাযব অজু ন্না শায়োল্লকপা আকববনা বাংলা লৈবাক্কী মপু ওইবম্মী হাগনা কবিনা হায (বাংলা সাহিত্যদা মোগল নিংথৌগী ব্রা পগ্রমবসি মসিনা অহানবনি।) কবিনা অসিমক্ষ হায়, মতুদি, মহাক গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা তাবা সপ্তগ্রাম খুন্দা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্না হায়রিবসি চিংননিংঙাই ওইবা বানি। কাব্যসিগী খুৎলা ইবা পুম্নমক (খ্বাইদগী লিরবনি হায়বা শকক্তু সাল ১৭৫৯ তদা ইরম্বনি) থাপ্লবা নোংং াক বাংলাগী লমদমশিংদগী, মরুওইনা চটগ্রামদগী ফংবমক্তনি, নোংচুপ বাংলাদগী অমত্তা ফংবা য়াওখিদে। মসিদা খুম্বা য়াবা রাফম অমদি লৈ, মতুদি, কবি নত্রগা কবিগী ইমুং-মসুং নোংপোক

বাংলাদা ময়ুম হোংখি অমসুং কাব্যসি মফমমতুদা ইথিবনি মরম অসিনা কাব্যসি নোংচুপ বাংলাদা থওনলবগী খুদোং লৈরমদে।

মাধবনা ইরম্মিবসি যাম্না পীকপা লাইরিরি। বাহৌদোকী বারীদা য়াউফম পোকপা শিব অমসুং সতীগা বারী নিংগা পার্বতীগা লুহোংবগী অমসুং মখোয়গী য়ুম্বান পুন্সিগী বারী অমত্তা যাওদ। মসিগী মতুংদা দেবীনা কমদোনা মঙ্গল কৌবা হিংচাবসু মাথিবা পীবগা মঙ্গল চণ্ডী (১) হায়বা মিংথু অসি লৌথিবগে হায়বগী বারী হাপ্লম্মী। কালকেতুগী বারী ধনপতিগী বারীদ হেক্লম্মী। কাব্যগী পরিলি য়াম্না থূবা মরম্না চরিত্রশিং চাউনা শাগৎনবগী মফম লৈরমদে।

অংকাপ্পা ব্রাহ্মণ মানব কৌবা অমনা গঙ্গা অমসুং মহাপ্রভু পৃথিবীদা কুমলকপা বারীগী বাবা অমসু ওরম্মী (গঙ্গামঙ্গল)। কবিসি চৈতন্যগী বৈষ্ণব ধর্ম চৎপা মী ওইনা তৌই। গঙ্গামঙ্গল অমসুং চণ্ডীমঙ্গল লাইরিক অনীসি অরোইবা শরুক্তা অঙবগী মমিং মাধব ব্রাহ্মণ হায়না থারবসু মরম অনীসি মীশক অমত্তনি লোনিংঙাই অচাবা মরম লৈতে।

কবিকঙ্কন মুকুন্দরাম চক্রবর্তীগী চণ্ডীমঙ্গলনা হান্নগী চণ্ডীমঙ্গলগী লাইরিক পুম্নমকপু (কবিগুম্না লৈবসু থারবসু) মথাই চমহনম্মী অমসুং তুংদা ইরকদোনা পুম্নমকপুসু থকনা থলম্মী। মসিগী লাইরিকসিনা যারবা চাংবদসু অমসুং মতমগী মচাক্তসু অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক পুম্নমক্কী পুমনম্মা হেন্না অমসুং নোংচুপ বাংলাদা মতমদা হৈরকখিবা 'মঙ্গল' কাব্যশিং মসিগী নমুনা লৌতুনা ইনবম্মী। মাগী কাব্যগী বাহৌদোক্তা মাগী পুন্সি বারী ইতুনা মুকুন্দরাম্না নোংচুপ বাংলাগী কাব্য ইবশিংদা লৈবসু অমসুং ঈশ্বর ইববু ঈশ্বরগী তাকপীবশিংদোনা মাগী মগুণ লৌদোবপা শানা হনবসু হান্নগী চংনবীতা হোংদোকহন্দুনা অনৌবা চংনবী অমা হৌদোকখী।

মুকুন্দরাম নোংচুপ বঙ্গগী দামুন্যাদা (হৌজিক্কী বর্ধমান জিলাগী খা ইথক থংবা লমদোন্দা) লৈবা ব্রাহ্মণ ইমুং অমদা পোকপনি। থাগনগী শিব মন্দির অমা লমক মপা মপুনা খয়ম্বা লম বিঘা খরতুনা মাগী হিংনবগী পাইখৎ ওইনরম্মী। নোংচুপ

---

(১) মাগী মমিংসিনা তাক্লিবদি চণ্ডী মহৌশানা হুংশি হৈত্তবী দেবী অমনি হায়বসিনি। মহাক্না খোজানবিবরণদা তাইবংপান্না চিন্না হংনা অমসুং হোওনা চাউনা পানবা ওম্মী, অসিগুম্বা মতমদা মহাক মঙ্গল পীনহৈবী চণ্ডী হায়বদি মঙ্গল চণ্ডী হায়বীত ওই

বঙ্গদা পাঠানগী শক্তি শের শাহাগী মখুত্তা তুগদৌরকুবা মতমদা লৈবাক অসিগী খুঙ্গংশিংগী শেলথুমগী ফিভম মথক মথা ওল্লম্মী। পাঠান অমসুং হিন্দু জমিদারশিংনা হাম্না চাজরম্বা লম-তু মরন-মথুম পুম্নমক লৌথোক্লগা আফগান লুচিংবশিংদা পীথোকখিরম্মী অমসুং হান্নগী জমিদারশিংদগী লম শান্দ্না চাভরম্বা লম শানবগী দলিন্নচিংবা পুথোকপা ঙমদবশিং পুম্নমক লম লৈতবা মী ওইথিরম্মী। মোগল শাসনগী চুপ্পী পাযবশিংনা লৌরুংশঙগী কর্মচারীশিং প্রদেশ অসি॥ মপান্দগী পুশি,কথি অমসুং মথোয়না প্রদেশ অসিদা চংনরম্লিবা মওং নিংথিনা থঙলমদে অমসুং মরাইবক থীরবা কাঙবুগী করিমক্তা থনবীরমদে। অনৌবা শাসনশিং অসিনা ঙম্বমথৈ নম-হাত্নুনা লম খোপচিনবা পাম্বা অমসুং হেক ঙম্বমথৈ খাজনা খোমজিন্নীংবা অনৌবা জমিদারশিং শেমগৎলম্মী। মুকুন্দরাম অসিগুম্বা মরাইবক থীবা কাঙবুশিংগী মরক্তা যাওরম্মী। মপা-মপুশিংগী লৈজরম্বা বিঘা থরগী লম অসিদগী ফংলকপা থরতুনা অচম্বা ইমুংত্নগী লেম-পানা কোন্নতুনা মীরোল তরেৎলোম লেপ্রকপনি। হুসেন শাহাগী অচানবা হিন্দু জমিদার অমগী লৌশানবা মী অমগী খুথাং লো শান্দুনা চারম্বনি; হৌজিক্তি জমিদারতুবু চানবীদ্রবনিনা মুকুন্দরামগী লমতুম্ত মৎপদা য়াওথিরম্মী। অসিগুম্বা মী কয়ামুক্না নংথিবা অরাববু মহাক্না থম্মোয় শোক্না অস্নম্না তেংথাখি :—

ধন্যানি রাজা মানসিংহ খোইমু ওইবা চরণ থম্বালদা বিষ্ণুগী, লেঙবীরিবা গৌড়, বঙ্গদগী উরিষ্যা তম্না। ধর্ম লৈতবা নিংথৌত্নুনা পাত্রিড়ে পীবিখি লম (জাগীড ওইনা) মামুদ সাবিফন্না, অমসুং রায়জাদা ওইরগা আযকরগী মন্ত্রী তাথিখি লন্নোনবশিং, য়েরুবা ওইথি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংগী। লমগী মবাক-মমুং কোকথোক্তুনা কোনা কোঞ্জিন, বিঘা'মগা মান্নহল্লি কাঠা তরামডাগা (১), নাপ্প শেন্দানৈ রাকৎ পূম্বা য়ানীংদবৈ। হংশিংহৈতে খাজনা থৌবা যমগী দূতকা পাঙথক্লি। ইশিল্লি মানা লৌশিং মহৈ চুম্বনি হায়না; মতেং 'মতা পাংবীদা লৌই খাজনা নমত্নুনা। খাজাঞ্চীস্থ হিংচাহ-শয়তানগুম, ককই মানা বাটা আনামত্তেক লুপা খুদিং, তাল্লি শেন্দোই নোংমগী লুপাদা পৈশা অমা। মাস্থল লৌবশিং মীনি ফজ্রবা, মীনম শোরিবা। লৌই জরিমানা পোৎকাদমক মপু নত্তবা মীদগী; তৌই লূট অমুক হুংথিলদা ইফোং-ফোংনা। অতৈ কর্মচারীশিং খাইদৈ মহু ফত্তবনি রাজ-কর্মচারীশিং মরক্তা। তিনকা-কাকফৈদৌগুম্না চুপ্পা মথোয়না প্রজাশিংগী ঈ। মুন্দুনা পুই মীগী মপোৎ, উনা উনা মপুনা লম-লমগী কর্মচারীশিং কাম্নদ্রবা মী ঙাক্লি। লৈতে ত-নোম্নবা, থেম্মে য়াদে, পৈশা পীগে ফংদে। লৈদে কনামতা ফৌ-চেং, শা-শন। ঐবু

---

(১) কাঠা কুননা বিঘা অমনি। (একর অমগী শরুক অহুম থোকপগী অমরোম ওই)

লোইবা, গোপীনাথ নন্দী লাইবক্না তমখিবনা ওইথরে বন্দী, থাদোকলম্মোই কৈদৌহুংদা। থোঙ থোঙ খুদিং শঙলি দোলাই পাবনা চেনখিগনি হায়বগী প্রজা শেন্দোনবা; কৈ-দা ফৌ-চেং শীৎ নাল্লবা প্রজা হোৎনৈ যোম্লবা খুজু-খুৎলাই মথুৎস্ত, শেৎ-চানবা মপোৎ-মচৈ; লুপা'মগী মমল মথায় আনাগা মান্নরে, ফৌ-চেং, শা-শন লৈতে কনা লৈবীনীংঙাই।

যুমলোন-কৈরোম্লবা মরুপ-মপাংশিংনা তাকপীবদগী মুকুন্দরাম মাগী ইমুং-মচুং পিকলিবা মচা অমসুং মনাউম্নপা অমা (অতুনা মা মা ইমুংগী মরুপ অমস্ত যাওই হায়নৈ) পুতুনা মপা-মপুশিংগী যুম-ইখোল থাদুনা আফগানশিংনা লোই চনখ্রবা লমথৈগী রাংমদা লৈখিবা খা থংবা মায়কৈরোমদা অমসুং ব্রাহ্মণবু লৎনবীরোইদোবা মফম থিতুনা মবাইবক যেংলগে লাকলম্মী। মমুমদগী মাইল থরা লাকলবা তুংদা লোনম চাউবা হুপা অমগা থেংনরুতুনা মহাক্কী খজিক্তং যাওজবকপা মশেন-মথুম- পুম্নাঙ মাংশিব.ী। হদক্তা হদোংথীবা থোকলগদোবদা মীযোক-মীচান ফবা মফমদুগী হুপা অমনা থৌজানবীতুনা মাগী যুমদা যুমথুংফম পীবীবদগী মাগী অরাবা কোকলম্মী। মকন্দবাম্না হুরানবতুগা মীযোক-মীচান ফবা হুপাতুগা অনীতুগী মমিং মাগী লাইরিক্তা পনবা কাউরমদে। মফমসিদা হুমিং হুম্নি পলম্নগা মুকুন্দরাম মাগী ইমং-মচু'গী মীশিংগা লোইননা খা-নোংচুপ পা'না অমুক চৎখিবম্মী অমসুং তুংবেল অমা অনী লাল্লগা ফনা যাম্না শা'না চৎলবগী তুংদা মাগী তুংগী পুক্সিগী মরাইবক লেপলগদোবা নো'মা অযুব অমা পুরী' হকচাং পুমচোক চোকথনা খুঙ্গং অমগী মনাক্তা মহাক মাগী মীশিংগা লোইননা থুংলম্মী। হুমিংতু হুংশা যাম্না শারম্মী। মফমতুদা লৈবা ক'শিএকলবা পুথ্রী অমগী মপান্দা রাইওং চাদ্রবা পোথাশং অমদা পূ'জা থরা মখোয় পোথাদুনা লৈরম্মী। মহৌশাগুম্না হকচাংদা থাউ তৈবা তৌদনা মুকুন্দরাম ইকুজথোক্লগা মহান্না শাগোম্নতুনা পুবকপা মাগী ইষ্টদেব গোপালগী বিগ্রহদা পূজা তৌরম্মী। পূজাদা কৎনিংঙাই হাযববু মকা যন্না শাৎবাইরবা থরো লৈরাং থরগা অমসুং থরোগী লেমফু মচেৎ অমত্তংগা যংলম্মী। মখোয়গী চানাংঙাই হায়ববু পুথ্রীতুদা লৈরিবা ঈশিংতু থক্দোবা মঙাই অমসুং চাক লাম্বদগী মচা পিশক্ত্ কপলকলম্মী। মুকুন্দবাম তৌফম থঙদনা কাচিন্না তুমপক তাশিন্দুনা হিপলগা উইরম্মী অমসুং মাগী মমঙদা মমানা মাগী মনাক্তা লাক্লগা মতম্বাক্তা মচাবু মোনথাঙনহন্নম্মী। অতুগী তুংদা মাগী মমা চণ্ডীদেবী ওইরক্লম্মী অমসুং মঙোন্দা বর পীতুনা মাগী মঙ্গল শৈথাতুনা ঈশৈ লেংঙ্ হায়না তাকপীরম্মী। অসিগুম্বা হুংঙাইরবা ২৫ অসিনা কবিদা হৈনীংবা পোকহন্নম্মী। মসিগী থৌদোক শক ১৪৬৬ (খৃষ্টকুম ১৫৪৪) দা থোকখিবনি। অসিগী তুংদা মখোয় ময়াম মফমতু থাদোম্নগা শিলাই তুরেল লান্দুনা আয়ড়া কোবা

( মেদিনীপুর জেলাগী ঘাটাল মহকুমাগী মক্তংদা তারিবা চন্দ্রকোণা অমসুং ঘিরপাই খুঙ্গং অনীগী মরক্তা তাবা ) খুঙ্গংদা থুংলম্মী। মফমসি যৌবদা মাগী কোইচৎ চৎপগী খোঙচৎ লোইখিরম্মী। মুকুন্দরাম মফমতুগী ব্রাহ্মণ লুচিংবা বাঁকুড়া রায়গী মফমদা চঙজরম্মী অমসুং ব্রাহ্মণ অসিনা কনা লৈবা মুকুন্দরাম অমসুং মাগী ইমুংবু য়োকপী-থাকপীখি অমসুং মুকুন্দরামবু মচাগী লাইরিক তম্বিনবা ওঝা অমসুং লোইনবা মী ওইহনরম্মী।

তং-তানা লেনবা পুন্সি মরেন হেক লেনখিবদা মহাক্না দেবীগী মফমদা শকখিবা রাশক মাগা লোইনবকপা মকুপতুনা নীংশিং নীংশিংনা মুকুন্দরাম কাউথোকখিরম্মী। মাগী ইমুংদা থোকখিবা খুদোংথীবা অমদগী মুকুন্দরাম মাগী মবানবু নীংশিংলকখি অমসুং অতম তৌবদগী মহারা শৈরেং অতু অমক থিম্বা তৌদনা ইবা লোইশিন্নরী। মসিগী থৌদৌ বাঁকড়া রায়গী মচানুপা অমসুং স্বত্বাধিকার রঘুনাথ রায়না ( পানবা মতম সাল ১৫৭৩-১৬০৩ ) পানবা মতমদা থোকখিবনি। মানসিংহনা উড়িষ্যাদা লান্দাবগী রা লাইবিক অসিদা পন্থা অসিদগী লাইবিকসি লেংবা লোহখিবগী মতম সাল ১৫৮৯ দনি হায়না লেপ্পী। রঘুনাথ রায়গী নাওংদগী মসিগী শৈরেংশিং চিন্দা খিনরম্মী অমসুং ঈশ ওইনস্ শরবম্মী। শাবাসিগী হৌই অমসুং শররিবা ঈশৈগী মওংদা রঘুনাথ রায় মপুরী কাজরম্মী। মসি ইসানা হায়রা কামেশ্বরগী মন্দিরদা প্রসাদনা ঈশৈ হন্দনা শরম্মী। থাযন্দগী চংনবকপা রীতি ডাকনা রঘুনাথনা কবিদা খুজি জোবা (১) অমগা, অসি ফিরোল কোইগেৎ অমসুং শগোল অমগা মনা ওইনা পীরম্মী। ঈশ হনবা অমসু, মাগী কাডলুদগ্ মতিকচাবা মনা-মথুম পীরম্মী।

মুকুন্দরামগী বাবা খণ্ড অহুমগীনি। অহানবা খণ্ডগী কবিতাশিং অতৈ খণ্ডশিংদা যাওরিবা অতুদগী পুমতোং কোডাল্লি। মসিদা শিবগী পৌরাণিক ৱারীশিং মাগী অহানবা মূপী সতী অমসুং অনীশুবা মপী পার্বতী ( গৌরী, দুর্গা নত্রগা চণ্ডীগী ) ৱারী যাওই। মসিগী মচাকশিং যৌস্ত ঈশৈনচিংবা থক্লক ঈশৈশিংদগী লৌথোক্লম্মী, খুদম ওইনা হাগরবদা, শিব অমসুং পার্বতী। লুহোংবগা, শিবনা মকবোকী য়ুমদা লৈবগী অমসুং লাই মতৈ-মনাউ অনীসিনা যাম্না লাইর-উম্নংনা পানবা য়ুম্নানগী ৱারীশিং অসিনচিংবনি। মসিগী শরুকসি কবিনা ময়ুম থাদোক্তনা চক্রিরৈডে অমসুং খুঙ্গংগী লাই লাক্তুনা স্তুতিগী সেবা চৎলিডৈগী মতমদা ইরম্বা যাই। কবিসিগী শিবগী ৱারী অসিগী মওং-মতৌশিং লৌতুনা তুংদা হৌরকখিবা লেখকশিং, রামেশ্বর ভট্টাচার্য অমসুং

---

(১) কবিকঙ্কন হায়বা মিংথোন পীবা মতমদা পীবা মনা

ভারতচন্দ্র রায়না ( ভৱানিপানগুবা শতাব্দীগী ) বারী ইরম্মী। ভৌইগুবসুং মখোয়না কবিসিংদগী হেন্না ফজনা ইবদি ওন্নমদে। অনীগুবা খণ্ডগী শরুক্তা "আক্ষটি খণ্ড" ( শাগানবগী শরুক ) অমসুং অহুমগুবনা "বণিক খণ্ড" ( লন্নোন-ইতিকী শরুক ) কৌই। খণ্ড অনীসি চণ্ডীমঙ্গলগী মপুং ওইবা শরুকশিংনি।

মুকুন্দরাম মীগী মীতেক-মীয়ো লিংথিনা থগুবা মীশক অমনি। মাগী শাংলবা কাব্যসিদা মহাক্না মতাং চাব-চাবদা মী মথল-মথলদুগী মতুংইন্না মপাঙ্গল মখোনা অমসুং অশোনবা মতাং ফজনা উৎলি। মপুন্সিদা অৱাবা কয়া মায়োক্নয়রুবা কবিনি, মরম অসিনা মীওইপোক্কী পুন্সিবু তুকচথিবগী অচুম্বা মরম কয়ামুক লৈরম্মী। অসিগুবা তুকচবগী ৱাকম চোইনা চোইনা তাবা পংক্তি থরদা য়াওরম্মী অমসুং মহুনা মাগী পাক্নবা মিৎয়েংফম অদুদা অকায়বা অমত্তা থোকহল্লমদে। নাইতোম তাবা চরিত্রশিং অমসুং সমাজগী কাণ্ডবুশিং য়াম্না ময়েক শেংনা অমসুং মীহুংশিগা লোইনবা মিৎয়েংদা য়েংহুনা মমুৎ তানা উৎলি। মসিগী অচাবা খুদম অমা মখাদা পীরি।

কালকেতুনা উমংগী শা ময়াম অচুম-অরান থিদনা তক্না হাৎলম্মী অদুবু অন্নাবা তারবা শাশিং অদু মসি·াদমক করিম্ব তৌবা ওন্নমদে। কাইনথংদা মখোয় ময়াম্বক মখোয়গী মপী-মপা ওইরিবী দেবী চণ্ডীগী নাক্তা কপ-লাউহুনা চঙজরম্মী। মুকুন্দরামনা মমিত্তা মপি তানা দেবীগী মফমদা মখোয়গী অৱাববু হায়জরম্নিবা শাশিং অসিবু হৌনশা মীওইবগী হৌনবী অফ-ফত্তগী ৱাখল অমসুং মগুণ চেন্নবা মীওই অমময় ওইহন্দুনা পুথোক্নম্মী। মতাং অসি কবিনা মহৌশা ময়ুম থাদোক্তুনা চক্রিতে মতাংদা মপুক্নিং চন্নাংননা লৈনথিবা মতাংহুবু নীংশিংলকপনি হায়বসিদা করিম্ব চিংনানিংঙাই লৈতে।

নোংশানা হায়রকই : ইমা ঐগী ইন্নান লৈত্রবস্ব চানবিত্রে নওনা ঐবু। মহাক্না হান্নিথি ঐবু শা ময়ামগী নিংথৌ অহুবু ইচিন-ইনাউশিং লৈথিত্রবনিনা নিংথৌ গুণম থাদোকচরগা নওগী শাদোং ওইনা লেবা ফংজবনা হেন্না পামজরে ননাই ঐ।

শওন্না হায়রকই : থোজানহেবী ইবেম্মা, তোল্লবা জীবনি ঐদি, হিংজরিবা চান্নদা ককচেং-থোইন্না, তীন-কাণ্ড, নৎচদে ঐ নিয়োগী, নৎচদে চৌধুরীস্ব, নত্রগা ওইজবা নত্তে লমগী মপুম্ব। নওনা চানবিবদগী লৈজরকপনি মফমন্দা। হৌজিক্তি ঐগী হুনী, ইচা ওরেং ওন্না লৈথিত্রে, লোকপা তান্নি ইথওনা ইত্ত অনী।

শায় অমোমনা উফুল্লক্তা ওন তেংথা নাওই কপলকই। মহাক্না দেবীগী মফমদা তেংথাজরকই :

ঐগী ইচা, ফুচু মূবা শকহেনবা, অভৌবা মচুনা থাজ মাম্না লাইবক্তা তাওবা অমসুং অশোংবা নারক-শিংলকপু পুমণ্ডান-ভালহনথিবা তাইবংপান্দা লৈথিদ্রে। মিংচত্তা, শাগৈ-জাত্তা, শক-চুদা খ্ৰাইদগী অথোইবনি ঐখোয়। অদু ওইহুনসু লোৎকম লৈথিদ্রে ঐখোয়গী কালকেতুনা থিরকপদা। করি তৌনি ঐখোয়, কদায়দা চৎকনি? কদায়দা লোৎলগা হিংগনি? ঐখোয়গী ইয়াশিং অসিনা ওইরে য়েরুবা ঐখোয়গী।

য়াংদো লৈদা চোং ওন্ন-থোইনা কপ হায়জৱকই থেবনা: থোজাল মপান নাইদবী দেবীবু ইরাৎচন্নকই ননাইন। অদুবু কদায় লোইবা লৈতৱে ঐগী অৱাম্না। লৈবনা লৈচংদা হুত্তুনা খঙই ঐখোয করম লোৎকনি হায়বা। অদুবু মচু পৃম্নমক অৱেম্বা তাগ্রে, করিনা কালকেতুনা হৈজিনবি ঈশিং অহোবা মথুনশিংদা। ঐগী ইচাশিং ইচাহুপা মরী, ইচাহুপী অনী অসুম্না হাৎপিগ্রে, ঐগী হুপীসু হাৎপ্রবনি অসুক অহল ওইরবা ঐনা অসুম্না হিংবগী করি কায়গনি?

কাব্যসিদা য়াওরিবা বিষয়বস্তু পুরাণ হ্রারীদগী লৌথোকপনি অমসুং ইরিবা থুৎইনা ধর্মগী মচু শঙজিন্দুনা ইবনি। ওইনিঙবা মওংগী ওইসন্থ, মুকুন্দরামনা মতমতুগী নোংচুপ-বঙ্গগী সমাজ জীবন অমসুং পরিবেশকী শরুক কযাম ম হ্রারীসিদা হাপ্পনবা হোৎনরম্মী। বাঙ্গালী অমগী পুল্লিদা অঙাং অমা য়োকপগী হৌনবী তৌকম থোকপা থৌদৌশিং অদুদগী হৌদুনা শাগৈ-জাৎ মথল কয়াগী মীশিংনা শহরদা লাক্তুনা য়ুমলিং-থল্লিংদুনা পাল্লবা ফাউবগী মচংদা থোকলিবশিং মুকুন্দরামনা কুপ্পা য়েংশিল্লম্মী। ফাগীগী ঈচেলগা ঈরোইননা বর্ণনা তৌদুনা ইবদগী শাংলবা কাব্য অসি পাবদা লেথোকপা নত্রগা মরেক-মহাও লৈতবা থোকহন্দে। কবিসি শাগৈ-জাৎ ফবা হিন্দু অমনি মরম অসিনা মহাক্না ম্ৰসলমানশিংগী মিংচৎ চঙলিংঙাই মরম লৈরমদে অমসুং অনৌবা শেমগৎথিবা শহর কালকেতুদা থুন্দারবা ম্ৰসলমানশিংগী মরমদা মহাক্না ইরবশিং অসিদগী মহাক মথোয়গী মরমদা মূমা খঙলম্মী অমসুং মথোয়গী চৎনবীন-চিংবদা মীচুংশিগা লোয়ননা মীচং-শক্সল য়াওদবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী। পাঠানশিংগী মরমদসু মহাক কগৎপা নত্তনা ফত্তবা অমত্তা ইরমদে হায়বসি মথাসিনা তাক্লি:

মথোয় মপুকচেল চাউই; মথোয়না কনাবুত্ত অৱাবা পীরমদে; হাৎকনি হায়না কিহল্লবা ফাওবদা মথোয় চৱা হেনবা থক তোকলমদে। মথোয় পাঠানগী ফিজেৎ শেৎলি, মরু কোকই অদুগা মকোইদি শাংনা থাকই অমসুং মকোইদুনা মঙবাকপু থল্লি। মথোয়গী হৌন-লীচৎ থক থাদোক্তে; তরারক থোন্না য়েৎশিল্লবা কিলাংগী কোইয়েৎ মকোক্তা য়েৎলি; মতোল্লা খুজিনবা অহোল্লা থোংগ্রাও অনাংবা শেৎলি।

মকোক থাদোক্লবা মীগা মথোয় বা ঙাংনদে, অসিগুম্বা মীনা মথোয়দা বা হায়রকপা থোক্লবদি মহুগী পাউথুম ওইনা মথোয়না মীচুগী মকোক্তা চৈতুপনা থাই।

মপুং ওইবা চরিত্রশিং মশীং পংয়াম য়ামদে তৌইগুবসুং মরক-ময়াগী চরিত্রগুম্বা অথুবা লম্নাই তাবা মতৌসী চরিত্রদি নত্তে। মপুং চরিত্রশিং থায়নদগী চৎনরকপগী মওংতুদা ইকাই-কাইদনা অচুম মশেম্মী, কবিনা মতুদা অপাম-পামদা থোইদোক্লা থিরদে। তৌইগুবসুং কবিনা কাব্যসিগী পরেং অমা অনীদা য়াম্না হৈশিংনা মরক্তী চরিত্রশিং অসিগী থুপ্পনা লৈরিবা পরিচয়শিং তাক্না শেংফাত্তনা লৈরম্বা মথোয়গী শকতম্ ময়েক শেংহল্লি। মহাক্না লৌরুবা শদোংগী ব্রাৎহৌবা পৈশা থোবা কালকেতু মাগীদা লাকনি নীংদুনা সনাশাবা মুরারি শীল ময়ুমদা চুপলে লৈরমদে। তৌইগুবসুং কালকেতুনা মনি য়োনবা লাকলে হেক থঙবদা মহাক হরাও হরাও হেক্তা থোক্লকলম্মী। চাকরানী দুর্বলা কৈথেল কাকবগী হিসাব হঙ্জিনবদা মতম য়াম্না চঙহল্লম্মী। কবিসু লৈত্তবা থোদোকপু ইবং লংনা উহনবা মুকুন্দরামগী হৈশিংলবা অমসুং য়াঙলবা কলমগী শাথেক থরদু মথোয়সিনি। মুংঙাইদুনতা লৈরবা ফত্রবা মী ভাড়ু দত্ত মুকুন্দরামনা য়েকপা খুৎয়েক্লা ভারতকী সাহিত্যদা অমর ওইদুনা লৈ।

বৈষ্ণব কবিশিং থরদং কাইথোক্লগা য়েংবদা মুকুন্দরাম বাংলা সাহিত্যগী ময়াম মতমগী হৌবদগী লোইবা ফাওবগী মহুংদা পাকচাউনা কোল্লবা জ্ঞান অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা নিংথিনা থঙলবা খ্বাইদগী অথোইবা বৈষ্ণব কবিনি। তানশিল্লবা মাগী বিদ্যা অচুম্বা মওংদতা শিজিন্নরম্মী, তৌইগুবসুং কাব্য কলাদা অমসুং খুৎইগী রীতিবু ময়েক শেংনা ফোঙদোকপদা মহাক্না কৈদৌঙৈদসু বিদ্যা অদুনা নমহৎননবা থক হোৎনরমদে। মসিগী মহেনা মাগী কাব্যনা মতমদুদা লৈরম্বা লমদম অদুগী মীওইশিংগী য়ুম্বান পুন্সিগী, সমাজগী, শেলথুমগী অমসুং সংস্কৃতিগী মওং মতৌ পুম্বা মরীক চুম্না তাক্না প্রদর্শনীগীদমক য়েক্লবা চিত্র ওইনা খ্বাইদা উহল্লি। কাব্যসিদা মাগী বিদ্যাবু উৎনিংবগী ভাব য়াওদে, অদুগা অমুকসু লৈবাক মচা তাদবা অমসুং অচাউরম উৎপা রাঙাং-রাতা অমত্তা য়াওদে। শীজিন্নরিবা লোন তৎ-তক্কই, রাহে-রাতা মরাং কাই। চৎনরবা মীরৈবাক্তী লোনসু শীজিন্নদবা তৌখিদে।

মুকুন্দরামগী "চণ্ডীমঙ্গল" রারীগী মওংদা ইবা কাব্যনি অমসুং খ্বাইগী মাঙদা থিননবা অমসুং ঈশৈ ওইনা শরুনবা ইবনি অমসুং থিসু থিনরম্মী অমসুং ঈশৈ ওইনসু শরুরম্মী। মসিদা য়াওরিবা ঈশৈ ওইনা অতম্না ইবা শরুক পংয়াম য়ামদে। অসিগুম্বা ঈশৈগী নমুনা নাউত্তম ঈশৈ অমা মথাদা পীরি :

লাউ লাউ ইমাগী পারি লাউ
করিগী কপালি ইমাগী হুংশিবা ?
করি পাপী হায়য়ু ইমাদা ?
পুরক্পনি হেক্কুনা স্বর্গ॥ লৈরাং,
অমমমগী মমমা লাক্ষ-লাক্ষ পীরবা।
লেংগনি পরেং লৈরাংচু নঙগীদমক।
কপলগম্ অমুক ইমাগী থরায়।
থাকনি লাং নোংদোনথক্তা
ফাগনি থাজদো লাংচুনা
থমগনিদো মাবু নঙগী লাইবক্তা।
কোয়ৌ হয়েং শাগনি পোন সনাগী
শায়নবা নঙনা।
পীগনি ক্ষীর অথুম-অহাউ
নঙনা চানবা।
মনম হুংশিবা থাউ চাইনবা নশাদা।
পীগনি কর্পুর, নৌরবা মনা থোৎলবা
কা চানবা নঙনা।
লাঙগনি নঙগী মমল য়ায়বা অউনপোৎ
দোলাই, শগোল শামু
লুহোংগনি নঙনা নিংথৌ মচাহুপী অমী।
ঐগী শ্রীমন্ত তোংগনি সনাগী হিদা।
তৈরীগনি ঐনা মা॥ মশা মউ
কর্পুর কস্তুরী থোৎনা মোনা
চামর থোগন তৌ তুমগনি ফমজাউদা
চৈথোক মরী পানবা।
শাগৎচৈ অহুম মুকুন্দনা মাগী অম্বিকামঙ্গলদা (১)।

---

(১) অচাবা অর্থদা "দেবী ইমাগী কবিতা" হায়বনি, মসি চণ্ডীমঙ্গলগী অত্তোপ্পা মিং অমনি। কাব্যসিংগী অশেংবা মমিংদি অভয়ামঙ্গল কৌই (ভাকুণী শেনবীরিবী দেবীগী মঙ্গল কাব্য)

তরাতরেৎশুবা অমসুং তরানিপানশুবা শতাব্দীদা চণ্ডীমঙ্গল কাব্য খরা ইরম্মী। তৌইশুবসুং সাধারণ মীয়াম্না হেন্দোক থোইদোক্লা পাম্ববা অমসুং 'মঙ্গল' কাব্য॥ আদর্শ তাকপা ওইনা লৌনগ্নবা মুকুন্দরামগী কাব্যগা লানবা পানবা মতিক ওইরমদে। মনসাগী মরমদা ইবা রারীগী কাব্যশিংগী মরুৎদা অমদি তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা ইখিবনি হায়না থাজবগা লোইননা লেপ্পা য়াই। মসি নারায়ণ দেবগী মনসামঙ্গলনি। নারায়ণ দেব অরাং-নোংপোক বঙ্গগী মীনি অদুবু মাবু পোকপা মপাগী মবুধৌ পুরেন্দি নোংচুপ বঙ্গদগী (রাঢগী লমথৈদগী) হৌরক্লগা ব্রহ্মপুত্র তুরেল॥ তোর্বান্দা তাবা লমদা খুন্দাখিরম্মী। অরাং-নোংপোক বঙ্গগী লমথৈ শরুকশিংদা মনসাগী মরমদা ইবা কাব্য হৌদোক্লবসি ইমুং অসিনা ওইরম্বা য়াই। নারায়ণ দেবগী কাব্য পাকশন্না খাইনা পাম্বরম্মী অমসুং বিষয় অসিগী মরমদা তুংদা হৌরকপা নোংপোক অমসুং অরাং-নোংপোক বঙ্গগী লেখকশিং পুম্নমক মাগী লমল তোল্লে হায়না লৌনৈ। মথোয়গী খুৎনা ইরবা লাইরিকশিং তরানিপালশুবা শতাব্দীদগী হেন্না হাইগৎপা মতমগী নত্তে অমসুং মথোযশিং অসি মমৈথংগী লেথকশিংনা ইবা লাইরিকশিংগা অমসুং মনসামঙ্গলগী নৈশকপশিংনা শিন্দোক্কুনা ইবা ঔশৈশিংগা পুময়ান য়ানশিন্নরে। নারায়ণ দেবগী কাব্যগী রাহৌদোকী শরুক শিব অমসুং দুর্গাগী রারীনা ওই। মসি কাব্যসিগী তোপ তোপ তারা মতৌ অমনি।

নারায়ণ দেবনা অয়াম্বা মতমদা মাগী মিংগী মমাঙদা 'সুকবি' হায়না হেক হেক হাপ্রম্মী। মসিদগী মাগী মমিং "সুকবি নারায়ণ" হায়না খঙনখিরম্মী অমসুং মতুংদা মাগী কাব্যবু মমিং অসি য়াওবা কাব্য ওইনা চৎনখিরম্মী। হায়রিবা মিংসি মমৈথংদা বিকৃত উচ্চারণদা "সুকনান্নি" হায়না ওষোকখিরম্মী (১) অমসুং অসুম্না কৌনবা মিংদগী কাব্য ওইনা নারায়ণগী কাব্যবু আসামগী নোংচুপ জিলাশিংদা হৌজিক ফাওবা খঙনরি।

মনসামঙ্গল কাব্য অনৌথক্কী খুৎনা ইবা লাইরিক মচেৎ খরা কায়রুপতা (নোংচুপ আসামদা) ইকুই কুইরনা ফংলম্মী। মসিগী লেখক মনকর অমসুং দুর্গাবর তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী নত্রগা মসিগী মমাঙদা লৈরম্বা মাল্লি। কাব্যশিংসি নারায়ণ দেবগী কাব্যগা চাউরাক্লা মান্নে। নারায়ণ দেবগী কাব্য নোংচুপ আসামদা থোইদোক্লা পাম্বরম্মী।

---

(১) মসি "সুকবি নারায়ণী" হায়বদি সুকবি নারায়ণগী হায়বসিদগী লাকপা মিংনি

## তরানিথোইশুবা পন্দুপ

# তরাতরেৎশুবা শতাব্দী

তরাত৹কশুবা শতাব্দীগী অরোইবা মতুংগী মতমদগী হৌদুনা বাংলাদেশ মনীং-মথা তরা পানবা লৈবাক ওইখিদ্রে অমসুং লৈবাক অসিগী শাসনগী থবক লৈবাকসিগী মীনা পুখিদ্রে। প্রদেশকী রাজ্যপালশিং অমসুং অতৈ অচৌ অচৌবা কর্মচারীশিং দিল্লী অমসুং আগ্রাদগী লাক্লে। অনৌবা জমিদারশিং অমসুং জায়গীরগী মকোক ওইবশিং কয়ামরুম শেমগৎলক্লে অমসুং মথোয়শিং অসিনা মোগল রাজদরবারনা য়াবিনবতা হোৎনরক্লে।

তরাতরেৎশুবা শতাব্দী। সাহিত্যদা ময়েক শেংনা উরিবা হায়ববু বৈষ্ণব ঈশৈশিং কলাগী পোখোক্তোনা পুথোকপা অমসুং মঙল অমত্তদা হঞ্জিন হঞ্জিন ইবা অমসুং (মঙ্গল) রারীগী কাব্য অনৌবা মতৌ য়াওদনা অমসুং তদেক তদেকহনবা তৌদনা হান্নগী রারীশিং হঞ্জিন হঞ্জিন পংইদা মইবা অসিনি। অনৌবা চৎনরকপশিংগী মতুংদা খ্ৱাইদগী ম৲ওইবা অমদি কল্পনা তৌদুনা ইবা ধর্মগা মরী লৈনদবা অমসুং হিন্দী অমসুং ফরাসী লোনগী মৌলিক রারীশিংদা তাংবা ঈশৈ ওইনা শরনবগী নত্তবা চিন্তা থিননবগী ("মঙ্গল" নত্তবা পাঁচালী) ওইবা রারীগী কাব্য পুথোররকপসিনি। মসিগী কবিতা জাৎ অসি অথাঙ্বা খা-নোংপোক বাংলাগী মুসলমানশিংতনা ইরম্মী। লোন্না লৈবা বৈষ্ণব আধ্যাত্ম সাধকশিংনা রাহৈ খজিক্তনা খণ্ডহনবা সুত্রগী মতুংচনবা ভাঙাগন্দা ইবা খুৎই জাৎ অসি বৈষ্ণব ধর্ম নোনা লৌরকপা মীশিং।দমক খণ্ডনবা ইবা শীজিন্নরম্মী। তৌইশুমতুং খুৎইসিগী লাইরিক মচা-মচাশিং সাহিত্যগী মচাক ওইনা লৌবদি যাবপোৎ নত্তে। রোমান কেথোলিক্কী পাদরীশিং অমসুং ধর্ম শন্দোক-পশিং অতুগা ধর্মসি চৎপা বাঙালী অমসুং পোর্তুগীজশিংনা ধারা অসি ইন্দুনা লাইরিক ইনরম্মী। তৌইশুমতুং মথোয়গী হোৎনজমনদগীদি মথোং চাদবনতুম হেল্লম্মী।

শতাব্দীসিগী মতুংদা ইথিবা লাইরিক মশাগী মগুণদগী নত্তবা তান চারুবদগী খ্ৱাইদগী হেন্না মমিং চৎথিবা লাইরিক্তি কাশীরাম দেবনা (নত্রগা দাস), ইবনি হায়বা "মহাভারত" (পাণ্ডববিজয় কৌবা) কাব্য অদুনি। কৃত্তিবাসকী রামায়ণগী হেক মথংদা কাশীরামগী মহাভারত বাংলালোনগী মীযামনা খ্ৱাইদগী পান্নবা লাই-রিকনি। লাইরিক মপুম মসি কাশীরাম দাসনা লেংবনি হায়না খণ্ডনরবসু অওইবমক্তি মসি মরান্না ইবদগী খোমজিনখিবা লাইরিকনি। কাশীরামনা ইথিবদি লাইরিকলিগী

অহানবা শরুক মরী ( পর্ব ) অতুতনি। মথংগী পর্ব অনী নত্রগা অহুরা কাশীরামদী (১) মচিন মনাউশিং থোকপা অমনা পোকপা নন্দরামনা ইবনি। অতৈ পর্বশিংনা ( তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক অহুরাইদা মহাভারতকী অতেনবা কাব্য অমা ইথিবা ) নিত্যানন্দ ঘোষকী অমসুং অতৈ লেখকশিংগী লাইরিক্কী খোমজিনখিবনি। কাশীরামনা লোইরমদনা থনম্বা মাগী কাব্যসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দীসিগী অহোবা চহী কুনমগী মতুংদা ইরম্বনি। মহাক থা নোংচুপ বাংলাগী মীনি তৌইওম্বসুং মাগী মপা-মপুশিং গঙ্গা তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা তাবা রাঢ় হায়বা লমদমদগী হৌরকলম্মী।

কাশীরাম মচিন-মনাউ অহমগী মতুংদা অনীশুবনি। মাগী মযাম্বা শ্রীকৃষ্ণকিঙ্কর বৈষ্ণব সন্ন্যাসী অমা ওইখিরম্মী অমসুং কৃষ্ণলীলাগী রারীগী কাব্য অমা ইরম্মী হায়না মমিং চৎলম্মী। মনাউমপা গদাধর উরিষ্যাগী কটক্তা লৈরম্মী অমসুং মফমদুদা পুরীগী জগন্নাথ দেবগী মহাত্ম্যবু শৈথাত্তুনা জগন্নাথ মঙ্গল ( অশম্বীদা জগৎমঙ্গল ) কৌবা রারীগী কাব্য অমা ইরম্মী। মসিগী রারীসি কাব্য অমত্তদগী নত্তনা অতৈ পুরাণশিংদগীসু লৌথোক্লুনা ইবনি অমসুং ইবা মপুং ফাখিবনা সাল ১৬৪৩ দনি। অসিগুম্বা ধরনদা ইথিবশিং অতৈদি চন্দ্রচূড় আদিত্য ( ১৬৭৬ ), ব্রাহ্মণ মুকুন্দ ( তরানিপান শুবা শতাব্দীগী অড়নবা শরুক্তা ) অমসুং বিশম্ভর দাস ( তরানিপাল শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা ) হায়বশিং অসিনি।

বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা সংস্কৃতা ইবা লাইরিকশিং বাংলাদা অনুবাদ তৌদুনা নত্রগা শমজিন্দুনা কবিতা ওইনা ইথোক্লম্মী। অসিগুম্বা খুৎইসিদা খুাইদগী মায়পাকথিবা লেখক্তি শ্রীনিবাস আচার্যগী মচানুপী অহল হেমলতা দেবীগী শিষ্য যদুনন্দন হায়বদুনি। পুরাণশিং বাংলা লোন্দা হন্দোক্লুনা ইবসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরম্মী অদুগা থোইদোক-হেন্দোক্না মসিবু পাম্নথিবনা অরাং-নোংপোক অমসুং থা-নোংচুপকী ওমথৈ লমশিংদনি। মার্কন্দেয় পুরাণদগী চণ্ডীগী রারীবু লৌথোক্লুনা ইবসিনা অরাং অমসুং অরাং-নোংপোক বঙ্গদা থোইদোক্না পাম্নরম্মী। লেখক তরেৎ নিপান্না ভাগবতপু তেনশিন্না অনুবাদ তৌরম্মী।

য়ামগুবা কৃষ্ণগী রারীগী কাব্যশিংগী মতুংদা অমথক্তংদি পনবদা মতিক চাই। মসি ভবানন্দ কৌবা লেখক অদুনা ইরম্বা "হরিবংশ" কাব্যনি। ভবানন্দ সিলেটতা লৈরম্মী।

---

(১) মহাক নত্তবা কাশীরামগী উত্তরাধিকারীনি হায়না হায়বা অতৈ মীশক কয়ামকমসু লৈরম্মী

লাইরিক অসিদা থায়নগী পুরাণদা য়াওবা কৃষ্ণ লীলাগী হুৎশি-হুংওনগী রারীগী মতাং কয়ামক্রম লেঙদনা থম্মী অমসুং ময়ম অসিদগী মসি বড়ু চণ্ডীদাসনা ইরমগা য়ায়া মায়রম্মী। মরক মরক্তা য়াওরিবা গীতি কবিতাশিংগী পরেংশিংদা চৈ'বা ছন্দগী ঈচেল্লা ভবানন্দগী কাব্যসিবু থোইদোক্না শীংথানিংঙাই ওইহল্লি। কবিসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী মচিনঙৈগী মতমদা লৈরম্বনি হায়না থাজনৈ। কাব্য অসি সিলেট অমসুং মতুগী অকোয়বদা তারিবা লমদমশিংদা, মরূওইনা মুসলমানশিংনা য়ায়া পায়রম্মী অমসুং পায়খিবসি হৌজিক্তগী ইকুই কুইখিদ্রিবা মতম ফাওবনি।

বৈষ্ণব কবিশিংনা মতম পুম্নমক্তা চৎনবা য়ানা হৈথোই-শীংথোইনা ইবমক নত্রবসু য়ায়া থরায় য়াওনা মতুং তাবা মতম ফাওবা অতুম ইথনরম্মী। য়ায়া ফজবা পদাবলী লেংবা কবিশিংনা গোবিন্দদাস কবিরাজনা শিজিন্নরিবা লোন অমসুং রাহৈ-রাতা। মত্তৌ তমহনা শৈহেকী খোঙ্হোক থোকহন্নবা কন্না চেৎনরম্মী। অনৌবা কীর্তনগী ঈশৈ শৈশন্না ঈশৈদা য়াওরিবা রাহৈ-রাতাশিং ভাবুকশিংগী মফমদা য়ায়া হুংঙাইবা অমসুং তানিংবা পোকহল্লম্মী। বৈষ্ণব ঈশৈ লেংবশিংগী মরক্তা মুসলমানশিং থরম্সু য়াওরম্মী। মখোয়গী মরক্তা থোইদোক্না পনবা য়াবশিংদি সৈয়দ মর্তুজা অমসুং নসির মামুদ অনীসিনি। মখোয় অনীমক বৈষ্ণব ধর্ম লৌরম্বা য়াই।

বৈষ্ণব পদাবলীশিং লাইরিক ওইনা থোমজিনবা হৌখিবসি অহানবদা রূপ গোস্বামীনা তাকপা রসশাস্ত্রশিং থঙহনবা চুম্নগী লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবদগীনি। অসিগুম্বা মখলসিগী থ্ৰাইদগী অরিবা লাইরিক্তি "রাধাকৃষ্ণরস কল্পবল্লী" (ঈশ্বর প্রেমগী আশা থুংহনবিবা উরী) অতেনবদনা, "রসকল্পবল্লী" হায়বসিনি। মসিগী লেখক রামগোপাল দাস (মশানা ইবা মমিংনা গোপালদাস হায়না তোইনা ইরবা) হায়বা পদাবলী ইবা কবিসিনি।

মনসামঙ্গলশিংগী মনুংদা (নোংচুপ বঙ্গদা মীয়ামা থ্ৰাইদগী হেন্না পাক্লবা) পুম্নমক্তগী হেনবদি কেতকা দাসনা ইবা কাব্য অতুনি। মসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগা মঙ্গাকগী মতম অতুরাইদা ইখিবনি। মুকুন্দরাম চক্রবর্তীনা ইরমতু লৌতুনা কেতকা-দাসনা (মহাক্না মাগী মমিং ক্ষেমানন্দ হায়নসু কৌনৈ) মাগী কাব্যসিগী অহৌবদা মশাগী পুন্সি রারী ইরম্মী। মসি মথাদা তেন্না ইরি:

কবিগী মপা শঙ্কর মণ্ডল মকমতুগী জমিদারগী মথাদা থবক তৌরম্মী। জমিদার অসিনা অঙাং ওইরিবা মচাসুপা অহম থন্নমলগা লৈথিদ্রবগী তুংদা জমিদারতুগী দেওয়ানা শঙ্করবু তাথি-তাওইনা লোইনথিরম্মী। মরম অসিনা মহাক ইমুং-মনুংগা লোইননা মাগী পোত্লফম থুনহনু থাদোক্‌না চৎখিরম্মী। মখোয় থুজং অমদা থুংলম্মী অমসুং

মকন্দপুরদা শঙ্কর অতোপ্পা জমিদার অমগী মথাদা থবক অমা পংলম্মী। নোংমা হুংখিল অমা ময়ানা শঙ্কর অমসুং মাগী মনাউশুপা অভিরাম মচিন-মনাউদা খুদংচুগী মনাক্তা তাহ্রিবা পাৎ ওইনা তোবা লমজাউহুন্দগী শজিক কাহ্লকপা হায়রম্মী। মথোয়না লাকপা লম্বীদা লৈনাং ভাক্তা ভাইরবা পুখ্রী অমদা ভা কাবগা হুপামচা থবগা মথোয়গা লৈনরম্মী। কেতকাদাসনা হুপামচাশিং অতুনা কারবা ভাশিংদু লোইনা মুত্লম্মী অমসুং ভাশিংদু মনাউশুপাবু মহুমদা থিন্নবা খাথিরম্মী। মহাক মথক্তা লমহাং অতুদা য়োয়কপা মতমদা কনা অমত্তা লৈরমদ্রে অমসুং হুম্মিৎ তারমদাইস্ত ওইরম্মী। শজিক ফানবা হৌফাক্লিডে চৈরক্তা নোং-হুংশিং কয়া শীৎলকলম্মী অমসুং ইথঙ থঙহৌদনা মাগী মমাঙদা থোঙঙ্প তুবী (মুচি) হুপী অমা লেপ্পা উরম্মী। হুপীতুনা মঙোন্দা যারী-যাতাই শাবা হৌরকল্মী অমসুং মাগী মথাদগী ফজরবা ফি-মচেৎ অমা পুথোকলকগা মঙোন্দা য়োনগে হায়রম্মী। ভকপনা থেংলবা পাখঙচু বা ভাংবদি লায়রবুনা ময়া ফাওবা কাথোকত্রিডনো হুপীতুনা মা॥ ফি মচেৎতু অমুক মথাদা হাপচিনথিরম্মী। খুদক্কু মক্তদা কেতকাদাস মথোঙ খুয়াদা তিংশোরা নাবমা ফাওরক্লম্মী অমসুং ককচেংনা চিক্লমাল্লে থন্দুনা লৈথারোমদা য়েংথরম্মী। অমুক হন্না য়েংথৎলকপা মতমদদি মুচি হুপীদু লৈরমদ্রে। সিগী মথংদা হুপীতুবু অমুক উরকপদা মহাক কিবনা লৈবা ঙম্মদে। হন্দক্তি মাগী মাঙদা দেবীগী মূর্ত্তি অমা ওইরক্লে (মসিগী শকফম অহুম তৌই হায়বসি দেবীনা হায়দোকপা য়াদে হায়না থিংই হায়না কবিনা হায়দোকলমদে) অমসুং মা॥ মনাক্তা থেক·বোন্দুনা লিন ময়াম্না কোয়চুনা লৈরিবদুসু উরক্লে। অহুম্না কবিগী মমাঙদা মনসানা ফোঙদোকপীথি। দেবীনা মাঙখিদ্রিডগী মমাঙদা কবিগী মকমদা মহাক্কী মহিমাবু ইতুনা ঈশৈ ওইনা শকউ তাকপিরম্মী। অসিনি কবিনা পীরিবা মনসামঙ্গল ইবা হৌথিবগী বারী।

কেতকাদাসকী মনসামঙ্গল নোংচুপ বঙ্গদা চৎনরবা দেবীসিগী বারীগী মওং চপচানা ইল্লম্মী। খুৎইগী রীতি য়াম্না চম্মি অমসুং অপাবশিংদা পালহল্লি, মথোংচাদবা অমসুং অচোইবা বা অমত্তা য়াওদে। চরিত্র শেম্বদা নীংতম্না শেম্বা য়াত্রবসু হৈশীংবা মওংদা কেতকাদাসনা ইরম্মী।

'ক্ষেমানন্দ' হাযরিবা ভনিতা (মিং) নোংচুপ বঙ্গগী মনসামঙ্গল ইবা অতৈ-অতৈ লেখকশিংনসু মথোয়গী লাইরিকশিংদা শিজিন্নরম্মী। লেখকশিং অসিগী মরক্তা অমথক্তংদি 'ক্ষেমানন্দ' হায়বা মিং অসিদা খ্বাইনা থঙনরম্মী। মহাক্না ইরম্বদু পিশক পিকই। অতোপ্পা মাগী লাইরিক অনী অমগা ফংবদু নাগরী ময়েক্তা ভাক্তা ইরম্মী অমসুং য়ালভূমদগী ফংবনি। কাব্যসিগী খুৎই য়াম্না চম্মী অমসুং হকথেংননা

অহেন্নবা কোংদোকই অমসুং চাংদগী চরিত্র মথোন্না ইলনা উথলি। মসি ভবানিদাসকী শতাব্দীগী তুংথাই চনবা অহুরাইদা ইরবা য়াই।

বিষ্ণু পালগীনি হায়না খংলিবা অমত্তা ওইরবা পুথই লাইরিক অসিনা অহানবা মৌলিক লাইরিক অহুমক ওইরবা থোক্রবদি, কবিসি অরাং-নোংচুপ বঙ্গদা লৈরবা মীনি। মহাক্কী মনসামঙ্গল লমদম অতুগী উপভাষাদা ইরম্মী। লাইরিককিদা থারনা চংনরবা খরন কয়ামক্রম ওাক্তনা ইরম্মী অমসুং অসুম্না ইবা পুথইগী মওং বিপ্রদাসনা ইবা মনসামঙ্গলদা মন্নবা অতেং অমদা য়াওবা থেংনদে। বিষ্ণু পালনা লৈরবসি তরাভরেৎশুবা শতাব্দী ময়াইরাই অহুদগী ওনথংলা মতমদা ওইগদৌবা মান্নে।

ধর্মমঙ্গল কাব্যশিং রাঢ় লমদমদা ইনথিবা ওাক্তা ওইনা তৌই (নোংচুপ বঙ্গদা লৈবা অমসুং অরাং-নোংপোক্তা গঙ্গা তুরেল্লা লমথৈ ওইবা লমদম) অমসুং মসিবু ইরবা কবিশিং (মথোয় পুন্নমক ব্রাহ্মণ ওাক নংলমদে, খরনা কায়স্থ ওইরম্মী অমসুং অতোপ অতোপ্পা জাতিশিং হায়বদি কৈবর্ত, শুঁড়ি, বৈদ্য অমসুং বনিয়াশিংগী মরক্তগী য়ামগ্রবদা কবি অমগুম য়াওরম্মী) কুনমগীরোম শুরম্মী। মথোয়শিংনসু মরক্তা অমা ফংগুবা তরাতরুককুবা শতাব্দীদা নত্রগা মতুগী মমাঙ মতমদা লৈরমনি হায়বসি অরেপ্পা হায়বা ওমদে।

সন তারিখকী অকোন-অহানগী মতুংইন্না চপ চানা লেপ্তুনা হায়বা ওায়বদি মপুংফানা ইরম্নবা ধর্মমঙ্গলশিংগী মনুংদা রূপরাম চক্রবর্তীগীনা থাইদগী অরিবনি। কবিসি থা-নোংচুপ বঙ্গদা লৈরবা মীনি। মহাক্কী মযুম শ্রীরামপুর মুকুন্দরাম চক্রবর্তীগী খুন দামুন্যা হায়বহুদগী অরাং-নোংচুপ পাংবরোমদা মাইল তরুকলোম লাপ্পা লৈ। মীথোই-মীহেন্নবা মরেবাক মচাহুগী থোঙ্গুল লীতুনা রূপরামনা মাগী কাব্য অহৌবদা মশাগী পুন্সি বারী ইরগা হোরম্মী, তৌবদসু মানা ইরিবহুনা য়াম্না শন্দোক্না ইরম্মী। মাগী মমাঙ থাথিবা কবিনা তৌথিবদোনা মহাকসু মপা-মপুগী যুম্-ইথেল থাদোক্তনা চৎপা তারম্মী তৌইওবসুং মুম থাদোকখিবগী মরমদি থেরম্মী অমসুং মহাক্না চংখিবসু মুকুন্দরামনা চংখিবা মাক্কৈগী ওঙ-তৈনবা দামোদর তুরেল বাংনা লাম্বোক্নগা অরাং পাংবরোমদা চংথিরম্মী। রূপরামনা ইবা মশাগী পুন্সি বারীদা মমল য়াম্নবা সাহিত্যগী য়াওই। মাগী বারীদা তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা থা-নোংচুপ বঙ্গদা লৈরবা মমকগী মরক্তা য়ায়ার কাল্লুংকী হুবা থাক্কী পুন্সিগী শকল মচেৎ খরদং উথলি।

রূপরাম শ্রীরাম চক্রবর্তী অমসুং দময়ন্তী অনীগী মচানুপা অহমগী মনুংদা অনীশুবা মচানিপানি। মাগী মচিন-মনাও অনী শুরমী, অমনা রত্নাকর (রামেশ্বর) অহুগা অমনা মনাও (মখিং ভাক্রমত্রে) অমসুং মচন অনীগা লৈরম্মী, মঙ্গিনা লোনা অমসুং হীরা

কৌরম্মী। মাগী মপা অমাশুবা পণ্ডিতনি অমসুং ছাত্র য়াম্না তম্মীরম্মী। মপাগী পুক্নিং রাম্নীনি ইবা হৌগ্রিডে মতম থবগী মযাঙদা শ্রীরাম লোঙ্গাথিরম্মী অমসুং ময়ামা অহম্না ইমুংহুগী মকোক ওইরম্মী। করিগুম্বা ময়ম অমদগী মহাক্রনি ফোঙদোকলমম্বা তৌইগুরমসুং লমদমচুগী পরম্পরাগী চৎনবকপীশিংদদি কাউনদনা অহুম লৈহৌবা ময়ম (১), অমদগী রূপরামগা ময়ামা অহনগা হুংঙাইনরমদে। অহুম্না হুংঙাইনরমদবশিনা হেক্লিজক্কবদা রূপরাম ময়ুম থাদোক্তুনা মহৈ-মশীং তম্নবা কদায়দনো অমা চৎপা তারম্মী। পাথংহু লাইরিক-লাইগু অমসুং ইন-খোৎনবা নত্তনা ময়ুমদগী করিমত্তা পুরমদে। মাবু হুংশিবীবা য়ুমলোম্নবা অমনা মাগী শেৎন-চান ফিরোলগা শেল থম্নগা মঙোন্দা পীরম্মী। রূপরাম আডুই থুন্দা লাক্লম্মী। মফমতুদা রঘুরাম ভট্টাচার্য কৌবা অচৌবা পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। চোকথনা উম্বা অমসুং কনা লৈজত্রবা পাথংহু উবদা রঘুনাথ হুংশিবমা পোকলকণী। মহাক্না পাথংহুবু মাগী ছাত্র ওইনা লৌশিনবীরম্মী অমসুং মাগী ময়ুমদা লৈহল্লম্মী। রূপরামনা হায়বা মতুংইন্না পণ্ডিতশিনা তাকপী-তিকপীবদগী মতম ইচং চংদনা মহাক অভিধান, ব্যাকরণ, ছন্দ অমসুং কাব্য তম্বা লোইরম্মী। নোংমা পণ্ডিতশিনা ব্যাকরণগী পাম্না মঙোন্দা তম্মীরিডেদা মহাক্না অরেম্বা রাহং কয়ামরুম হঙ্গিন-হঙ্গিন হংহুনা পাম্না তাকপহু থুগাইরম্মী। পণ্ডিত য়াম্না শাউরম্মী অমসুং তাক্লিবা লাইরিক্তুনা রূপরামগী মকোক্তা থাবগা মথাগী অয়াকপা রাহৈশিংসি হায়হুনা চৈরক্লম্মী :

পরেং অমনীদং তম্মীবদা নোংমা হুমিং চুম্মা পুম্নাং মাত্তহল্লে, অতে ছাত্র তম্মীগদৌবা পুম্নমক মাগী অশাম্বা য়েহহুনা তৌবদা মত্তম্লে। রাহৈ অনীদং তম্বা অরোই-অথম লৈত্রবা রাহং ঙাক্লা হংলি মানা। তাক্ল-তাক্লগা য়েৎলি মানা অরেম্বা। থম্নরোই নঙ-ঐগী শিদা অমূক শাখো। চৎঙ্গে নঙ নয়ুমদম্না কদায়দনো," নবদ্বীপতম্না,

---

১ শতাব্দীশিংগী হৌশংঅকপগী হেক মচিনডেদা থাওবা লমদমশিদা পরম্পরাগী রানি হায়না থাজনবা অমগী মতুংইন্না রূপরাম অতোনবা 'জাত্তা (হাড়ী) লৈশাবী অমগা হুংশিনরম্মী। মসিগী শুক্ত-শাজৎশিদগী কোক্লনবা মহাক ময়ুমদগী তাহোক-থিরম্মী। তৌইগুবসুং মহুনা কোকহনবা 'ওবা' মচংশি অহুদি নৎখিত্রে। কবি ময়ুম অমসুং মরেম্বাক থাদোক্লে অহুবু যানা হংশিবা অতুমুদি-থাদোকলা লৈখিত্রে। মরৈথক্লা রূপরাম লৈশাবীহু লুহোংহুনা লৌরম্মী অমসুং জাৎ তারম্মী। অহুম্না থাজনবা অসি কবিতাশিদা য়াওরিবশিং অসি শাম্নগা অচুম্বা ওইনা উই : কবিনা কবি করিগুম্বদা মহাক মশাবু 'ফকির' হায়না কৌজে

শান্তিপুরদরা ? চৎখিবা য়াম্লনি নঙ কনাদ ( ভট্টাচার্যদা ) জোগ্রামগী লৈতযদো লানবা মাগী শান্তিপুরদা ঋাও।

শীতাগী অরাবগী ৱারী তাবতদা মমিত্তা মপি শিন্থখিবা মপুকচেল থোৎলবা গুরু অসিনা থঙহোদনা মৈ হৌনা শাউরকপদা ছাত্রত্ য়াম্না কিরম্মী। মহাক্না অহুম্না ইবি :

গুরুনা অম্না হায়রকপা ৱাহৈশিং ইথঙ থঙহোদনা কাপথোক্লকপগুম তৌরম্মী অমস্তং ঋজম্রবা মাগী মায়থোঙদা মকুপ-মকুপ চাম্বত্ পুমলং লংলম্মী। ৱাঙাংসিবু তাবদা ঐগী থম্মোয় কায়রম্মী। ঐগী গুরু হুমিৎ মানবনি ওম্বোক্লা ফজে। অসিগুম্বা হিক্তোকফগ্রবা ময়াথং ইন্দবা ঙম্বা কনা লৈগনি ?

ৱূপরাম নবদ্বীপ্তা চৎনবা খুদক্তা শেম-শারম্মী। ফনা য়াম্না লাপ্না লাক্লবগী তুংদা মহাক মমাবু থঙনীং নীংশিংলকখি অমস্তং খুদক্তু মক্তদা মমুমলোমদা অমুক হল্লকলম্মী। মাইল থম্না চৎলবা তুংদা অমত্তা ঙায়রবা চৎনখিগ্রবা লম্বী মচা অমথক ফংলম্মী অমস্তং মক্কমত্ য়োৱকপদা মহাক লম্মাঙনরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মহাক মফমত্দা কোয়না কোয়না চত্তুনা লৈরে হায়বা থঙলকলম্মী। লম্মাঙনরিবত্ ফননবা মথক্লোমদা য়েংথৎলম্মী অমস্তং ঙাম্নু থম্গোং অনীথক য়াম্না ৱাংনা কোযনা কোয়না লৈশিন্দুনা শাইরিবত্ উরম্মী। থাক্লোমদা অমুক য়েংথরকপদা কৈ অনীথম্না অরাংদা মহাকপু তুমিম্না লুমত্না লৈরম্বত্ অমুক উরক্লম্মী। নহা পাথংত্না মাঙলোমদা কৈ অনীত্দগী নাম্মোরনবা কন্না চেল্লম্মী, তেঁইগুম্বস্তং চেনবদা নাম্বত্না পুঙ্গী অমগী মপান্দা কম্না তুশিল্লম্মী। মাগী লাইরিকশিং অত্গা ইননবা মপোৎ-মচৈশিং পুম্নমক পুমচাই চাইম্মী। মহাক্না হোগৎলকপদা কনানো অমনা মাগী মপোৎ-মচৈশিংত্ খূনজিল্লিবত্ মহাক উরম্মী। ৱূপরামনা মীশক অত্বু ( মহাক কনাম্ন নত্তে ধর্ম কৌবা লাই অত্নি ) অম্নম্না হায়রকই :

হুমিত্তু থাঙজনি, হুমিৎ চপয়ুংবা মতম্নি ধর্মনা ঐগী মাঙদা
লেপ্লিখিবা ; নিংথিজবা লৈ পক্লেং থোক্লম্মী ঙকশমদা।
ঋজরবা লৈহাউ পক্লেং অমম্ব থোক্লম্মী মহাক ; মথুত্তা
পায়রম্মী অচোবা চৈ অমা। অসিগুম্বা শক্তমম্না লেপ্লম্মী
ৱাহ্মণ অমা ঐগী মাঙদা।

জ্ঞান মাঙলবা নহাত্দা ধর্মনা লাইরিকশিংত্ হঙ্কিনবিরম্মী অমস্তং আশীর্বাদ পীবিবগুম লৈ থরগা ঙক্তা শিননবা শকগী পক্লেং (১) অমগা পীবিরম্মী অমস্তং লাইরিক

১ মসিগী শব্দ পক্লেং অসিনা কবিগা হাড়ি লৈশাবী অমগা মরী লৈনবগী ৱাফম তাক্লিবরা ?

তম্বা তোরুগা শিল্পা ওইনা মাগী "হুমিৎ তরানিথোইনিগী ঈশৈ" (বারমতি হায়বদি ধর্মমঙ্গলগী ঈশৈ) শকউ হায়না তাকপীখি। অসুম্না হায়রম্লগা মহাক মাঙখিরম্মী অমসুং নহা পাথংতু ময়ুম য়োনবা চেল্লকলম্মী। শ্রীরামপুর য়োরকপদা হুমিৎ তাম্লবা মতুং ফনা থেঙলম্মী। পুম্লী অমদগী ঈশিং থরুগা পোথারগে হায়না মফমতুদা ফমজুনা লৈরম্মী। হুমিৎ পুম্মম মম্লবা মতমদা ময়াম্বনা উদনবা ময়ুমদা চঙলগা মমাগা লোম্না উম্লরুগে থল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মতু ওইথোকখিদে। মহাক্লা ময়ুমদা চঙখিবদা মচন অনীমক থোঙজিনপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্লে, মহাকপু হেক উবদা মথোয় অনীমক হরাউমনখিবদগী নোক-থেতুনা লাউরক্লম্মী। মসি তাবদা রত্নেশ্বর থোয়রক্লম্মী অমসুং রূপরামনা য়ুমদা হল্লকপতু উরম্মী। মসিবু কবিনা অসুম্না শৈথারি:

য়ুমদা ফমলম-ফমফাম্রিঙৈসিদা ইয়াম্বনা ঐবু থিনা চৈরম্মী, ঐ ইমাগা উম্লবা ফংলমদে।

ঐগী ফম্রবা ইয়াম্বনা চৈরক্লম্মী, 'ঙরাংতনি নঙনা নহে তমগনি চৎখিবা অতুগা হল্লকপা শারি ঙসি য়ুমদা।' লংথোক্লম্মী মানা লাইরিক-লাইগু, ব্যাকরণ অমসুং অভিধান; টিকাগী লাইরিকসু ইচাই চাইথাইথি। থুজিল্লম্মী ঐনা ঐগী লাইরিকশিং, থল্লম্মী, হৌজিকমক চৎলগে ঐহাক নবদ্বীপ্তা অহিং-হুংথিল লেপ্তুনা। ইচম্পী অনী সোনা অমসুং হীরা লেপ্লম্মী থোঙজিন্দা অতুম, কিখিবদগী মবুং অহনবু ঙমখিদে ইমুং চঙতুনা ইমাদা তাকপা ঐ লাকই হায়বা।

রূপরাম থোঙজিন্দুমক্তদগী অরাং পাংনা থুদক্তু মক্তদা অতুম চৎখিরম্মী। হুমিৎ নিনি চাদ-থক্তনা চৎলগা দামোদর তুরেলগী তোর্বান ফংলম্মী। থোজালহৈবা নুপা অমনা মঙোন্দা চেং থরা পীবীরম্মী, মতু মহাক্লা চাক্লা ওম্লরম্মী। তুরেন্দা ইরু-মাইথজথোক্লগা ঈশ্বর পূজা তৌজরম্মী। অসুম তৌরিঙৈ অথোংবা চাক্তু হুংশিৎনা হুমদোকখিরম্মী। কবিনা হায়:

অথোংবা চাক হুমদোকথরে হুংশিৎনা, ঈশিংদা মথকলম্মী ঐ; লাইরিক-লাইগু ইননবা পোৎ-চৈ পুবা ফাও ম্লানা থোক্লম্মী ঐ।

রূপরাম তুরেন্দু লাম্হোক্লগা অসুম অসুম চম্মা হেন্দুনা লাকপনা হুম্রি চল্লকপদা থুঙ্গং অমা ফংলম্মী। মফমতুদা ফিশাবা ইমুং অমদা মীয়াম্বু পীজ-পীথক তৌরম্বা অমা থেংনরম্মী। কবিনা মতুবু অসুম্না হায়:

নোংদম্বগী থুক্তা তারেদো ঐহাক ইরাই লাইনা ফংলেদো অরা চৈরাক। নীংলে হায়রুগে ফিশাবগী ইমুংদা ব্রাহ্মণগী দক্ষিণা পীমু হায়না। চঙশিল্লে চিঙৈ ইমুংতুদা,

কয়াদা হুন্ডাইখ্রবা উরুবদা নিংখিজরবা লুককম চেন্দাক অমসুং অশিনবা শক্তোম্ন অফবৈ। [১]

চন্নাম-চন্দনবরবা নহাছ্ মমুক থম্না চারম্মী ভৌইণ্ডবছুং চাক্তি চাবা ফংলমদে। [২] ব্রাহ্মণ অতিথিগী দক্ষিণা লিকোন থরক্ত মহাক ফংলম্মী। মথংগী হুমিত্তা এড়াল খুম তাম্না লাকলম্মী। মকমতুদা গনেশ রায় কৌবা ব্রাহ্মণ জমিদার অমা লৈরম্মী। মহাক্না রূপরামবু হরাউ-হরাউনা ওকপীডুনা মাগী ময়ুমদা লৈরগা ধর্মগী মরমদা ঈশৈ ইননবা শেম শারম্মী। ইবা লোইরবা মতুংদা মহু ঈশৈ ওইনা শক্লনবা শীন্নাংলম্মী।

মাগী ঈশৈদু ইবা লোইবা মতমদা রাজমহলগী সুবেদার শাহ সুজানা ওইরম্মী হায়না রূপরামনা মাগী লাইরিক্তা ইরম্মী। অতুগা মতুগী চহীতুগী তারিখ ( ১৫৭১ শক —১৬৪৯ ) নি হায়না পাখোংওয়া ইরম্মী।

নোংচুপ বঙ্গদা রূপরামগী কবিতা থোইদোক্না পায়রম্মী। হান্না লৈরম্বা ধর্ম মঙ্গলগী ঈশৈ পুম্নমক মাগীসিনা নমহৎখিরম্মী অমসুং তুংদা ইরকপশিংনম্ভ মাগীসিবু হেনবা ওন্নমদে। মসিবু কয়া য়ায়া পায়খিবগে হায়বসি মসিগী লাইরিক অসিগী খুৎনা ইরম্বা লাইরিক কয়াম্নম লৈরম্লিবা অসিনা অতুম মত্তাকই। রূপরামনা মসিগী ৱারীসি য়াম্না চম্না অমসুং মরম্নাই চেম্বজরকপা ৱারীগী মওংদা পুথোকই। লাইরিকসিদা পাণ্ডিত্য উৎলিংবগী কান্নদবা থুৎই অমসুং লাইরিক্তদা শিজিন্নগদৌবা ৱাহৈগী লৈরোং শিজিন্নবা ভৌরমদে।

লম লমগী ওইনা লৈনরম্বা দেবতাশিংগী ইরাৎ-পূজাগী হোনবী মওং-মতৌশিং লমথৈ লমথখশিংদতা চংনতুনা লৈরম্বশিং কয়াম্নকম অতুদা মতমতুগী মীয়াম্না সাধারণ ওইনা পুম্নিং চঙনা য়েংশিনবা হোৌরক্লম্মী। অসিগুম্বা ধর্মগী পদ্ধতিশিং অসিগা মরী লৈনবা ৱারীশিং অমসুং ঈশৈশিং "মঙ্গল" কবিতাগী থাক্তা থাজৎননবা হোৎনরম্বা মীশক্তি কায়স্থ শাগৈগী কৃষ্ণরামদাস কৌবা অতুনি। মহাক্তী মমুম কলকতাগী অন্নাংদা মাইল মরী থাম্না লৈবা খুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। মথাগী চহী কুন গুরক্লা মতম সাল ১৬৭৬ তা বিদ্যা অমসুং সুন্দরগী ৱারী শৈথাক্তুনা মহাক্না মাগী অহানবা লাইরিক "কালিকামঙ্গল" ইরম্মী। মাগী মথংগী কাব্য "ষষ্ঠীমঙ্গল" চহী অহুম লৈরগা ( সাল ১৬৭৯ দা ) ইরম্মী। মসি শিক্লিবা অঙাংশিংগী য়াইফবা পীনবিবী দেবী

---

[১] ব্রাহ্মণ নত্তবনা ব্রাহ্মণদা পীজননবা শেম-শাবদা যাওদবা য়াম্নবা চাক-এরাংগী মচন থম্না লৈরম্মী। মসিবুনি হায়রিবসি

[২] ব্রাহ্মণ নত্তবনা ব্রাহ্মণ অতিথিবু পীজবদা অথোংবা চাক পীজনদে

ষষ্ঠীবু [1] পূজা তৌবা হৌদোক্লকনীদমক ইবা অশিঙ্কপা লাইরিক্কি। অসি পূজাঅরী অমদা তাংদুনা ইরনি, বারীনা মথাগীসিনি :

'তাইবংপান অসিদা মহাকপু পূজা তৌহনগে হায়বগীদমক ষষ্ঠী দেবী থোক্লকলম্মী। বারীসি দেবীনা শঙ্খা মশান্দা তাবা সপ্তগ্রামদা থুংলবদগী হৌই। শহর অসি ইনাক-কৈরাক থুগ্নি অমত্তং মী কুণ্ডনা তাই হায়বসি দেবীনা য়েংবদগী থণ্ডলম্মী। অহল ওইরবী ব্রাহ্মণী অমগী শক্তম লৌদুনা অমত্তং মাগী শেম্নবী নীজাগা লোইনদুনা দেবীনা নিংথৌগী কোক্তং মতুংদা চঙলম্মী। রানীনা মাবু ইকাই-খুম্নবগা লোইননা শক্লম্মী। দেবীনা রাণীদা মহাক বর্ধমানদগী গঙ্গাস্নান তৌকগে অমত্তং ষষ্ঠী দেবীগী পূজাসু মফমতুঅক্তদা তৌকগে হায়দুনা লাকপনি হায়রম্মী। রানী ষষ্ঠী দেবীগী পূজা তৌরগা করি কাম্নবগে হায়বদু রাম্না থণ্ডনীংলম্মী। অহল ওইরবী ব্রাহ্মণীনা মঙোন্দা মতুগী বারী লীরম্মী :

ষষ্ঠী দেবীনা লন্নোনবা রূপা অমগী মুপীবু যাম্না চানখিরম্মী অমসুং অহুম তৌবদগী মহাক মচানুপা তরেৎথক ফংজরম্মী; মথোয় পুম্নমক মপুং-মরৈ ফারক্লম্মী অমসুং মমুম পাল্লম্মী। মাগী মমো অতোনবী মশা লুম্নরম্মী। অতম্না মশা লুম্নিঙৈসিদা নোংমা মহাক্না দেবীদা কৎকদৌবা অচা-অথক চাথোক্লম্মা অদুগা মহাক্না হৌদোং অমুবী অমনা চাথোকখিবা তাহল্লম্মী। মতমসিদগী হৌদুনা মহাক্কী মচা পুম্নমক চাবোকশঙদগী হৌদোং অমুবী অমনা চেন্দুনা হেক হেক পুখিরম্মী। তরেৎলক শুরকপা মতমদা মহাক উমং অমদা চত্তুনা অঙাং উম্নরম্মী অদুবু খুদক্তু মক্তদা ইখঙ খঙহৌদনা কদোমদগীনো হৌদোং অমুবী অমা চিংঙৈ থোক্লক্লগা অঙাংদু চেন্দুনা পুখিরম্মী। হৌদোংদু মহাক্না তাম্নরম্মী অদুবু তানবা ঙমলমদে। লম্বীগী চিদাইদা ফমদুনা মহাক কপ্তুনা লৈরম্মী। দেবীনা মমৈদা হুংশিখিরদুনা মাগী মমাঙদা চোংথোক্লম্মী অমসুং মাগী মাঙপ্রবা মচা পুম্নমক মঙোন্দা পীবীরম্মী। মুপীদু মমুযদা হল্লক্লম্মী অমসুং হাক্তক অদুদগী হৌনা দেবীবু ভক্তিগা লোইননা পূজা তৌজখিরম্মী।

ব্রাহ্মণীগী বারীসি তাবদগা রানীদু ষষ্ঠী দেবীবু পূজা তৌবা পামজরম্মী।

কৃষ্ণরামগী "রায়মঙ্গল" কাব্য সাল ১৭৮৩ দা ইরম্মী। মসিদা সুন্দরবনগী দেবতা অনী হিন্দুশিংগীনা "দক্ষিনরায়" (খা মাইকৈগী মবুংঙো) অদুগা মুসলমান-শিংগীনা "বড খান গাজী" (অথোইবা গাজী খাঁ) অনিগী মাহাত্ম্যবু ইরি। বারীসিদা লাইগী নোংদমদগী দেবতা অনীসি খৎনবা অমসুং কায়নখংদা পরমেশ্বর

---

[1] বাংলা লোনগী অচাবা অর্থদা "তরুকতবা" নত্রগা "হুক্তবা" হায়বনি।

ভগবান্না তাইশিন্নহুনা হরাউ-হরাউ য়ানথিবগী রারী ইরি। কৃষ্ণরাম ইহান হানবা "রায়মঙ্গল" কাব্য ইবা মী নৎলমদে মরমদি মহাক্না মাগী মমাঙদা কাব্যসি ইরম্বনি হায়বা মাধব আচার্যগী মমিং পল্লম্মী। অদুবু মাধব আচার্যগী লাইরিকসি থিবা ফংখিদ্রে। অদুগা অমরোমদা কৃষ্ণরামগী কাব্য অদুং অসি ইবা ইরোই লোইবা লেখকশু নত্তে।

তরাত্তরেৎ অমসুং তরানিপালগুবা শতাব্দীশিংগী মঙ্গল লাইরিকশিংগী লেখকশিং অয়াম্বনা তৌরম্বগুম কৃষ্ণরামগী মাগী রায়মঙ্গল কন্না ইবা হৌখিবগে হায়বসিগী রারী লাইরিকসিগী অহোৱবদা ইরম্মী। নোংমা ভাদ্র থাগী (আগষ্ট-সেপ্টেম্বর) নিংথৌকাবা মুমিৎ অমদা মানা লৈবা খুন অদুদগী থা পাংবদা মাইল খরা চৎলগা লৈবা খুঙ্গং অমগী শঞ্জেনবা শাগৈগী মপা অমগী মুমদা কবি অতিথি ওইরম্মী। মহাক মরু-মরাং থন্দম শঙ অমদা মুমিদাংদু তুম্লম্মী। মমঙদা কৈ তোংবা দীরুং তেন্দোং য়ানবা মপা অমথক লাক্তুনা মহাক থা মাইকৈগী মবুংঙোনি হায়না মঙোন্দা শক তাক্লম্মী। মাগী মাহাত্ম্যবু শৈথাদুনা কাব্য ইয়ু হায়না কৃষ্ণরামদা তাক্লম্মী অমসুং মথাগী থৌগৎরাসি হায়রম্মী :

নহাক্কী কাব্যবু থাগত্রবা মী মহাক্কুগী মফমদা থাগনি ঐনা কৈ মরাম চাননবা মহাকপু, মাগী ইমুং-মচুংবু।

মসিগী রারী মথাগীসিনি :

মচা পোক্ত্রবা নিংথৌ অমদা সন্ন্যাসী অমনা মচা ফংননবা শিব পূজা তৌ হায়না তাকপীরম্মী। হায়রিবা পূজাসি তৌবদগী মচা দক্ষিনরায় ফংজরম্মী। মপা নিংথৌগী খুভম ফংলবা তুংদা দক্ষিনরায়না শুন্দরবনগী লমহাং ওইনা লৈরিবা লমশিং থোপচিন্দুনা অনৌবা লৈবাক অমা শেমগৎলম্মী। মশা শিরবা মতুংদা দক্ষিনরায় থা মাইকৈগী লমশিংদা (হায়বদি সুন্দরবনগী) লাইনি হায়দুনা লাৎনথিরম্মী। মাবু অহানবা পূজা তৌনথিবসি পাতাল হায়বা মফমদুনি। মহাক্না মাগী মরুপ কালুরায়বু (অমুবা যুবরাজ) হিজলিদা মফমদুগী নিংথৌ নরসিংহবু লাকশিন্নবগীদমক থারম্মী। নরসিংহনা মাগী শিপ্রবা মচাবু অমুক হিন্দৎহল্লবা মতমদদা দক্ষিনরায়বু লাইনি হায়না য়াথিরম্মী। সিগী তুংদা দেবদত্ত কৌবা লল্লোনবা অমসুং মাগী মচা পম্পাদত্তগা অনীগী রারী ইরি, মসিগী রারীসি লাইরিক অসিগী মপুংওইবা শরুক্নি।

বড়দহগী (হৌজিক্কী মেদিনীপুরগী বড়দা) পুষ্পদত্ত লল্লোনবগী থবক্কীদমক তুরঙ্গ শহরদা চৎলম্মী অমসুং মফমদুগী নিংথৌনা শাউবদগী মহাক মপুন্সি চুপ্পা কৈত্তমশঙদা ফাজিন্দুনা থম্বা তারম্মী। চহী খরা ভাইরবা তুংদা মাগী মচা পুষ্পদত্ত মপা থিবা

চৎলীংলম্মী। মহাক্না উ য়ানবা রতাইদা হি শানবা অফবা উ পুরকউ হায়রম্মী। রতাই মচা অমসুং মচিন-মনাউ তরুক পুতুনা উমংদা চৎলম্মী। থঙদবদগী মথোয়না থা মাইকৈগী মবুংঙোগী কাইদোংফম উ অমথক য়াল্লবদগী রতাইগী মচিন-মনাউশিং হাৎননবা কৈ ময়াম থোরক্লম্মী অমসুং কৈশিং অসিনা মচিন-মনাউশিংদু হাৎলম্মী। মথল্লায় হুংঙাইমনদবদগী রতাই মথক্তা শিরগে থোরাং তৌরবদা হায়রিবা দেবতা মাগী মাঙদা চোংথোক্লকখি অমসুং রতাইদা মাগী মচামুপাবু বলি তৌরগা মঙোন্দা কৎলু হায়রক্লম্মী। মহাক দেবতানা হায়বতুমক তৌরম্মী। মসিদা পেনবীরতুনা দেবতানা শিগ্রবা পুম্নমকপু হিঙ্গৎহল্লম্মী। মতুংদা মফমতুদগী উ ময়াম পুবক্তুনা হিশিং শারম্মী। পুষ্পদত্ত মথোদাং পাঙথোকলূনবগীদমক গঙ্গাদা হি তোংতুনা ইচেল তুংইন্না চথরক্লম্মী। মহাক্কী হি ময়ামতুনা বরথা গাজী অমসুং দক্ষিন রায়গী পূজা তৌফম অমসুং হি তোংতুনা কাথৎ-কুমথ চৎলিবা মীশিংদগী লোইপোৎ অমসুং অথেনপোৎ লৌফম ওইরিবা মফমতু য়ৌরকপদা নহা ওইবিবা লল্লোনবসিনা রায়গী খুভম্না লৈপুংনা য়ারিবা অতুগা গাজীগীনা হকচাং য়াওব্রবা কোক ঙাক্তনা ওইরিবতু উবদা মসিগী মরম য়াম্না থঙনীংলম্মী। হিহোনবা হিরোইশিং লুচিংবনা মঙোন্দা অস্নম্না তাক্লম্মী মতুদি থায়না মমাংঙৈদা মথোয় অনীসি অকনবা লান থেংনরম্মী অমসুং পরমেশ্বর লেঙবীরক্তুনা থামজিল্লবত্তদা লান অতু তোরখিরম্মী।

রাসি তাবদা পুষ্পদত্ত ঙকপা থেংলম্মী। মহাক্না হায়জবদগী হিহোনবতুনা মথাগী রারীসি মঙোন্দা নীথি :

থাখনা মমাংঙৈদা নোংমগী হুমিত্তা ধনপতি কৌবা লল্লোনবা অমা হিদা লল্লোনপোৎ ময়াম পুতুনা পাতালদা চৎলম্মী। লাইশিং অসিগী খুভম লৈরিবা শেংলবা মফমসি য়ৌরক্লবদা মহাক্না দক্ষিন রাযবুতা অথেনপোৎনচিংবা কত্তুনা খুদম্নম্মী, গাজীবু করি অমত্তা থওইরমদে। গাজীগী ফকির ভক্তশিংনা মঙোন্দা অতুম তৌবা হোনদে হায়রম্মী। ধনপতিনা মথোয়না হায়বতু করিমত্তা থওইরমদে অহোইনতুম মথোয় পুম্নমকপু মফমতুদগী তাম্বোকখিরম্মী। ফকিরশিং গাজীগী মফমদা লাক্তুনা বাঙালী গুণ্ডা অমনা মহাকপু থওইদনা তৌরে অমসুং মনাই ওইবা মথোয়বুস্থ থিনা তৌবীরে হায়না মঙোন্দা রাকৎলম্মী। গাজীগী অশাউবা মৈচাক পুম্নমক দক্ষিন রায়গা মথক্তা হৈথরম্মী অমসুং মহাক্না মাগী মনাইশিং থাতুনা রায়গী খুভম পুমচাই চাইথাইহল্লম্মী; রায়দি মতমতুদা মাগী ইমুং মনুংগা লোইননা থাড়িদা লৈরম্মী। বটে কৌবা মেনে অমা লাক্তুনা পাউসি মঙোন্দা তম্নম্মী। রায় শাউবনা মৈ হোৌরম্মী। শদক্তুমক্তদা মাইকৈ অনীমক্না কৈশিংগী লাম্মী পুনরক্তুনা অকনবা লান য়ানখিরম্মী। অমাঙ-অতোং

মাইকৈ অনীমক চপ মান্নবা নংথি। মমৈথংদা পরমেশ্বর মশামক লেংবীরক্ত্না লানথু থামজিল্লম্মী।

কোক তংখায় অমদনা বালা, তংথায় অমদনা কোইয়েৎপু থোন, ঙকশমদনা লৈরাং পরেং হৈরুক পরেং তংথায় তংথাযনা লৈতেংবু ওই। মাগী হকচাং তংথাযনা ঙৌরোক ঙৌ তংথায় অমনা মূবা নোংগী মচুগুম মুত্তক মু, থুৎ অনীদনা বুরান পুরাণ পায়।

য়েররম্বা দেবতা অনীমক মতমতুদগী হৌনা মতুং তাবা ফাওবদা চান্নবা মরূপ ওইখিরম্মী।

পুষ্পদত্তনা রায় অমসুং গাজী অনীমক্তা জা কৎলম্নগা মথা তাবা থোংচক্তা থোঙশানখিরম্মী। মসিগী মতুং তাথরকপা রারীদি চণ্ডীমঙ্গলগী খ্‌াইনা মহৌশাদগী থঙনরবা ধনপতি অমসুং শ্রীপতিগী রারী পরীং অদোমদা অতুম চথত্রে।

কৃষ্ণরামগী মথংগী লাইরিক "শীতলামঙ্গল" মাগী অহানবা লাইরিক রাযমঙ্গলগী মথা তাথরকপা ওইনা ইর.ী। রারীগী মতৌ ষষ্ঠীমঙ্গলগী অতুগুম্না তৌই। শীতলগী (১) মচা অমসুং অশিন-অরাং তৌবা মী (লাইথোকপা অমসুং অতৈ-অতৈ লাইনাশিংগী দেবী) বসন্ত রায় দেবী অসিবু ইরাৎ-পূজা তৌহন্নবা শন্দোরবগীদমক শগোল তোংদুনা থোক্লকলম্মী অমসুং সাতগাঁওদা থুংলম্মী। সিগী তুংদা মহাক বৈষ্ণব লল্লোনবগী ফিংজোন শেৎ-চারগা পোৎ পুবা শন পরেং অমা পুদুনা মাহুল ফম্বা মদনদাস হায়বা কায়স্থদুদগী লাক্ত্না মহাক বর্ধমানগী লল্লোনপোৎ পুদুনা লল্লোনবা লাকপনি হায়রম্মী। মাবু করিস্থ লৈত্রবা বৈষ্ণব অমনি নীংদুনা মদম্না মাগী রাজপুত পিওনশিং অমসুং ঙাক শেনবশিং থাজিন্দুনা মাগী মপোৎ-মচৈশিংদু মৎননবা তৌরম্মী। পোৎ-চৈশিংদু অচা অথকমক্তনি; মদন অমসুং মাগী মীশিংনা পোৎশিংদু নমদুনা মুম্ন.ী। য়াওরিবা অচা-অথকী ম৯-মরাংশিংদু শীতলা রায অমসুং বসন্তগী লাইনাশিংগী মহিক-মরাং ঙাক্তনি। মসিগী মহৈনা মদন অমসুং মাগী মীশিং লাইনাশিংসি মশাদা কম্না পকখিদুনা অনা-শঙ্গুমথি। বৈষ্ণব লল্লোনবদু মথোয় হৌজিক পেলহনবা তারম্মী। মতুং-মনাও বৈষ্ণব লল্লোনবদগী মপোৎ-মচৈ অমতা ফাররোই হায়না মদন রাশক্লম্মী। বসন্ত রায়না মাগী অশেংবা মশক তাকথোক্লম্মী অমসুং মহাকপুস্থ য়াওনা পূজা তৌরবদি মহাক মতুং তাবা ফাওবদা হুংঙাই-য়াইফনা পানগনি হায়না মদন্দা হাযরম্মী। তৌবীমল থঙলবা মদন দাসনা গঙ্গা মপান্দা চীং-

---

(১) অচাবা অর্থদা "নিংথম চনবী" হায়বনি

লেপ্লবা মন্দির শাতুনা বসন্ত রায় অমসুং শীতলাগী মূর্তি লাক্তনা ইরাৎ-পূজা তৌরম্মী। মথং রারীগী মতাং বসন্ত রায়না কাজী অমবু মায়থিবা পীখিবগী রারীদি ফংল্রে।

তরানিপানশুবা শতাব্দীগী মথং তাথরকপগী তংথায়গী মহুংদা খা-নোংচুপ রাঢ়গী কবি কয়ামরুম্না শীতলা মঙ্গলগী অচৌবা অমসুং অপিকপা লাইরিক কয়ামরুম ইরম্মী। অসিগুম্বা কবিশিংগী মহুংদা ধর্মমঙ্গল কাব্য অমা ইরম্বা মানিকরাম গাঙ্গুলিসু অমনি। লাইরিক জাৎ অসিগী মহুংদা থ্বাইদগী চাউবা লাইরিক ইরম্বসি খা-নোংপোক মেদিনীপুরদা লৈবা অমসুং মফমতুদা মাগী লাইরিকসিবু য়াম্না পায়থিবা নিত্যানন্দ চক্রবর্তীনি।

কৃষ্ণরাম দাসকী মঙাশুবা অমসুং ইরোই লোইবা কাব্যগী মমিং লক্ষ্মীমঙ্গল কৌই। মসি ফুঙ্গারারীগী মওংদা হৌই অদুগা লোইশিল্লকপদনা মঙ্গল কথাকাব্যগী চৎনরকপা খুৎইগা চানহন্দুনা লোইশিল্লি। গৌড়গী মরুপ অনীথক লৈবাক শিন্থুংনা চত্তুনা মরাইবক য়েংঙুগে থোক্লরুম্মী। মখোয়না কাঞ্চীপুর চৎকে হায়দুনা কলিঙ্গগী (উরিষ্যাগী) শুরুবা উমং-রামংশিং ফাওদুনা লাক্লম্মী। অনীদুগী মরক্তা অমনা লক্ষ্মীগী ( লন-থুমগী লাইরেম্বীগী) অচানবা মনাই বেনেগী জাত্তা পোকপা মমিংনা বল্লভ কৌবদুনি, অতোপ্পদুনা মাগী মরুপ জনার্দন কৌবা ব্রাহ্মণ মচানি। বল্লভ শগোল তোংদুনা চৎলম্মী, জনার্দন্না মতুংদা মখোঙনা ইল্লরম্মী। মহাক্না ঙাকপী-শেনবীরিবা মনাই অদুগী মথৌনা অমসুং ভক্তিগী চাং য়েংননবগীদমক দেবীনা মাগী লোইনবী অমা কৈগী শক্তম লৌহল্লগা মখোয়গী নাক্তা থারক্লম্মী। শাদু হেক উবদা ব্রাহ্মণ মচাদু পাখৎপদগী রান্থখিরম্মী তৌইগুম্বসুং লল্লোনবা স্থপাদুদি থৌনা ফনা অমসুং লক্ষ্মী দেবীদ। মহাকপু কনবীনবা থুরুমজবগা লোইননা কৈদুবু মায়োক য়ারম্মী। কৈদু ঙাইহাক লৈরগা শ্বাই মাঙখিরম্মী অমসুং বল্লভনা হোৎনবদগী মাগী মরুপ্তু জ্ঞান তারক্লম্মী। মাঙদা ফনা শাংনা চৎলগা পাৎ অমা ফংলম্মী। মখোয় অনীমক পাত্তুদগী ঈশিং থরুম্মী তৌইগুম্বসুং শগোল্দুনা ঈশিং থকউবদা পাত্তুদগী অচৌবা লাইরেন অমা থোল্লরগা শগোলদু য়োৎখিরম্মী অমসুং পাত্তুদা থুদক্তা লুপখিরম্মী। শগোলদু শিখিবদা বল্লভ হাংফম থঙদনা রারম্মী, মহাক ঈশিংদুদা চোংথদুনা শিরগে তৌরম্মী। জনার্দন্না মাবু থেমজিনম্মী অমসুং লক্ষ্মীবু খু.ম্ু হায়রম্মী। সিগী তুংদা দেবী অহল ওইরবী ব্রাহ্মণী অমা ওইনা মখোয়গী মাঙদা ফাওবীখি অমসুং দেবীগী মখুত্তা উচেক মচা অমা হাপ্পা পোন অমসু পায়বীরম্মী। নহা পাখং অনীদুগী মথরায় রাবদু উবদা অহুম্না হংবিরম্মী: "হায়রু ঐঙোন্দা নখোয়গী করি ফংঙাইতবা লৈ। ঐহাক ব্রাহ্মণনা পোকপনি, মত্র যন্ত্র থপ্পা থঙই।" শগোল য়োৎখিবগী রাদু হায়রবদা দেবীনা পোন্দগী উচেক্তু থাদোক্লম্মী।

উচেক্‌না পাংকী ঊশিংদা ইরুপন্নগা লাইরেলহূবু চিক্‌না ফাওগংলক্লে। লাইরেলগী মপুক লেনথাইরবদা মহাক্না য়োংথিবা শা-ডা পুন্নমক হিংনা থোক্লরম্মী। দেবীনা বল্লভকী মথুক্তা মহাক্না চিন্নকপা মপুং ফানা শাংকাইরবা থবাল অমথক পীরগা থবাল অদু করিগুম্বা থুদোংথীবা থোকপা মতমদা মাগী মকোক্তা শোকউ হায়না তাকপীরম্মী। অসি হায়রম্নগা দেবী মফমদুদগী মাঙথিরম্মী অমসুং মরুপ অনীদুসু মথোয়না চংকদোবা অদুদা চংথিরম্মী। মথোয়না মমায় হেক লৈথোকথিবগা লাহরেন্দু ছিজংলম্মী অমসুং পাং অদুদা চোংথথিরম্মী।

ইকুই কুইদনা মরুপ অনীমক হুংডাই য়াইফনা পাল্লবা অদুগা শস্তাব লাংশিরবা শহর অমা য়োরক্লম্মী। বল্লভনা করিনো হায়বা থডনীংবমা পোক্লমক্রবদি জনার্দনদি মফমদু থাদোক্‌না চংলমগদোবনি। মথোয় কোক্লংদা লাক্লম্মী অমসুং সনথোঙ অমসুং চাউরবা কা অদুমথক্কী মঙ্গংদা চঙলম্মী। মরীগুবা কাদা হিংচাবী অমা নিংথোগী সিংহাসন্দা ফমদুনা লৈরম্বদু থেংনরম্মী। মথোয়না মঙান্দা মথোযগী রারী লীর.ী। মানা মথোয়বু তরাম তরাম ওকপীরম্মী। জনার্দন যাম্না থুনা চংনীংলম্মী তোংগুঙ্গসুং বল্লভনা লক্ষ্মী দেবীনা শোয়দনা তেংবাংবীরকনি হায়না থান্নম্মী। মমিদাংড মথোয় অনীমক হুংডাইনা লেলম্মী। হিংচাবীদুনা চাক্তাবা চথোকহ্রিঙেদা মহাক্না ডাকশেন্দ্ং। লৈরিবী লৈবাক অদুগী অহিংবা মী হায়ববু মথক্তা মঙাইরবী নিংথোগী মচান্নপীদা জনার্দনবু মাগী মপুরোইবা ওইয়ু হাযনা তাকপীরম্মী। নিংথোগী মচান্নপীদুগা জনার্দনগা কোক্লংগী লৈকোন্দা থেংনরম্মী অমসুং রারী-রাতাহ শান্নহনবদগী মথোয় অনী হুংশিনরম্মী। নিংথোগী মচান্নপীদুনা মহাক্কী মমিং রত্নমালা কোই অমসুং মহাক্কী ম । নিংথো বীরসিংহ সন্ন্যাসী অমগী শাপ্তগী প্রজাশিংগা লোইননা হিংচাবী অমনা চাথোকক্লে হায়না জনার্দনদা হায়রম্মী।

মথোয় অনী গান্ধর্ব বিবাহ তৌদুনা য়ুম্বান পুন্সিদা চঙথিরম্মী অমসুং মদুবু হিংচাবীদুনা তুমিন্না য়াখিরম্মী। মথংগী হুমিক্তা মরূপ অনীদু মঘমদুদগী চংথিরম্মী অমসুং মথোয়না চত্রিঙৈ মযাঙদা মথোযনা হল্লকপদা মঘমদুদা চঙলকথো হায়না হিংচাবীদুনা হায়জরম্মী। মথোয় অনীমক অসুম অসুম লাক্‌না সমুদ্রগী থোংবান য়োরক্লম্মী অমসুং মথা চংনবা লম্বী সমুদ্রদুনা থংলম্নে। মথোযনা লক্ষ্মীগী মফমদা মথোয়গী লম্বী পীবীনবা থুকুমজরম্মী। লক্ষ্মীনা সমুদ্রগী ময়াইদা মথোয়গীদমক লম্বী অমা শেম্বীরম্মী। লম্বীদুগী নাকল অমদা অপাকপা সমুদ্র অদুগা অতোপ্পা অমদনা কমলাদহ (কমলাগী নত্রগা লক্ষ্মীগী পাং) লৈরম্মী। মথোয়না শগোল তোংদুনা লম্বীদুদা লাকপদা ইথঙ থঙহোদনা কমলাদহ পান্তুগী ময়ায়দা অঙকপা দৃশ্য অমা

উরক্লম্মী। পাৎকী পাৎয়াইদা ইশং শংবা লৌবুক অমা ফুগাইনা শাৎলবী থম্বাল লৈরাংথক্তা নিংথিজরবী লৈশাবী অমা মথল মথলগী ফোগী চরোৎনা লৈতেংলদুনা কম্বদু উরম্মী। সিগী মতুং পংকুই কুইদনা মখোয়গী লমথুংফম কাঞ্চীপুর কংলম্মী। মখোয়না লম তু লেংদুনা কোয়রিংঙদা মফমদুগী থানাগী মকোক অদুনা মখোয়গা উরবা মতমদা মহাকপু থওইদে হায়বগী মখোগবু গুপ্তচরনি হায়না ফাহল্লগা নিংথৌগী মাঙদা পুহল্লম্মী। নিংথৌনা মখোয় কনানো হায়না হংলম্মী। লাইবক্লা অস্তম থোকউ তমখিবদগী বল্লভনা মখোয়না থৌনাফনা তৌরকপা পুন্নমক অমতা চিথদনা নিংথৌদা তল্লম্মী। হাযরিবা অঙকপা দৃশ্যদু নিংথৌদুনা অশেংবরা থঙননবগীদমক মশামক য়েংনীংলম্মী। অদুবু মখোযনা মদু উহনবা ঙম্নমদে। বল্লভ মসিংদমক প্রানদণ্ড যংলম্মী অমসুং মীহাৎপুংদা অঙাং ওলহন্নবগীদমক পুরক্লম্মী। অরোইবা মতমসিদা মহাক লক্ষ্মীনা তাকপীখিবত্ত নীংশিংলকখি। মহাক্লা দেবীনা পীবিরম্বা লৈদু মকোক্লা শোক্লম্মী অমসুং খুদক্ত মক্তদ দেবী অহল ওইরবী ব্রাহ্মণী অমগী শক্তমদা উচেক মচা হাপ্পা পোন অমা পায়দুনা মফমদুদা ফাওবীরম্মী। মহাক্লা বল্লভপু থাদোকহনবা ঙমদ্রবদা উচেক্ত থাদোক্লম্মী। উচেক্তুনা নিংথৌদুগী থপ্পোয়দা অকি-তুজুংবা পোকহনখিরম্মী। বংভ খুদক্তা থাদোকখি অমসুং নিংথৌগী মচাহুপী মঙোন্দা লুহোংদুনা পীরম্মী। দেবীনা সিগী মতুংদা মহাক্লা ওইখিবা ফোওইবীগী (ফোগী লাইরেম্বীগী) অঙকপা শক্তমদু নিংথৌদদা উৎনখি। মতম থল্লা লৈরগা জনার্দন, বল্লভ অমসুং মাগী হুপী মমুমলোমদা লাক্লম্মী। খোঙচৎসিগী লম্বী সমুদ্রদা চৎপা তারম্মী। সমুদ্র লাম্বোক্লগা মী তাদবা উমং-রামং ফাওদুনা লাক্লম্মী অমসুং হিংচাবীদুনা লৈরিবা কোম্নুং যৌরক্লম্মী, অমসুং মখোয়বু হিংচাবীদুনা হন্নাও হন্নাও ওকপীরম্মী। মহাক্লা হৌনবী নিয়ম চুম্না মানা য়োকচরকপী হুপীমচাদু জনার্দনগী খুত্তা শিন্নরম্মী। সিগী তুংদা হিংচাবীদুনা হুপীমচাদুদা অস্নম্না হায়রকই :

> ঙম্বমথৈ হোৎনদুনা নহাকপু ঐনা য়োকলক্লে। নহাক্লসু ঐবু নপুকশেংনা হুংশিবী, নপা নমা অনীদা করি থোকখিবা নহাক থক খনখিদে। নঙবু ব্রাহ্মণ অমদা থাজরে। নপুরোইববু লূনা নীংউ, মাগী পেন্ননবা সেবা তৌরু অদুনা ঐগী পূম্বা কাউথোক্লবা হোৎনৌ; ঐবু হন্দুনা থক ঙাংগনু। নহাক লাইবকফবী হুপীমচানি। অসি হায়না হায়না মমিত্তগী শিহুরকপা শিরাংনা চাইরুং অনী চোৎলক্লে। হুপীমচাদুবু চেৎনা কোন্নক্লে; মাগী পুক্নীং পুম্নলৌ লৌরক্লে।

মখোয়ময়াম্বক হিংচাবীত্বু থুক্রমলন্নগা ময়ুম য়োনবা চৎখিরম্মী। হিংচাবীত্বুম মপোক্‌মগী কোম্বং থাদোক্‌না লাই নীংঙ্‌নবা চৎখিরম্মী। মরুপ অনীমক মখোয় মখোয়গী মুপীশিংগা লোইননা তেক্ত-কায়দনা ময়ুম ময়ুমদা থুংলম্মী। লক্ষ্মী দেবীবু চাউনা ইরাৎ পূজা তৌদুনা লাৎলম্মী। মতম থরা লৈরগা বঙ্গে মচাহুপা অমা ফংলম্মী। মফম অসিদা রারী লোইরে।

কৃষ্ণরামদাস অমসুং শতাব্দীদুগী অতৈ অতৈ লেথকশিংনা ইখিবা মঙ্গল কাব্যশিং অসিনা সাধারণ মীয়াম্না পামজবা মওংদু য়োবা ঙমখিদে, মরম অসিনা মায়কৈ অসোয়মদগী য়েংবা তারবদি মখোয়গী হোৎনজমন মহৈ য়াল্লমদে হায়বা তাই। দেবতাশিংবু শৈথাদুনা ইবা রারীনা ধর্মগা মরী লৈনবা থোদো অমগুম লোনরম্বগী মতমচু লেইখিরম্মী। থাযনগী দেব দেবীশিংগী পূজা অদুম তৌদুনা চৎনরম্নীদি হাযববু বৈষ্ণব ধর্ম অমসুং ধর্মসিংগী ভাবনাগী প্রভাবনা ধর্মগা মরী লৈনবা থবক থোওং পুয়মকপু কোনখিরম্মী অমসুং বৈষ্ণব ধর্মগী ঈশৈনা সাহিত্য পাম্বা কাংবুশিংগী মফমদা সাহিত্যগী ফংবা ফজনবা কেপ্পনবা পাদম ওইরম্মী। মরম অসিনা লম অমগী চৎনবী লাইনিং-লাইশোলগী রা অমসুং লমথৈ অমগী দেবতাশিংগী রা শৈথাদুনা ইবা কবিতাশিং অকয়বা লম অমগী মসুং গীতা ওইবা অকরবা দেবতাগী জাতদা শক শোম্নরম্মী।

কৃষ্ণরামগী অহোম্বা হোৎনজমন মায়পাকখিবা অমগা মফমসিদা পনবা য়াই। মহাক বাংলা লোনগী লেথকশিংগী মসুংদা ইহান হান্না হিন্দুস্থানী লোন থরমথৈ শিজিন্নখিবা লেথক্নি। মাগী চরিত্র গাজী থরা চোঙ্গাবা রাহৈ রাতা ওইরবসু হিন্দুস্থানী ফজনা ভাংই।

# আরাকানগী কবিশিং অমসুং মতুং তারকপা মতমগী মুসলমান লেখকশিং

তরামঙাশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা ব্রহ্মদেশকী নিংথৌনা ময়োল-ময়াল তাকহল্লবা আরাকানগী নিংথৌ নরমেইখলানা বাংলাদেশতা লাক্লুনা গৌরগী রাজদরবারদা চঙজফম নিহুনা লৈরবা মতমদা (১৪০৪) বাংলাদেশকা যুমথংনবা তিব্বত—বর্মী ফুরুপকী লোল ভাংনবা ব্রহ্মদেশকী মথা হাইথরকপা লমদমদা লৈবা আরাকানশিংগা অহানবা ওইনা য়ায়না নকবা সাংস্কৃতিক মরী লৈনখিরম্মী। চহী কয়ামরুম অময়া লৈরবগী তুংদা বাংলাদেশকী সুলতান জালালুদ্দীনগী মতেংদগী নরমেইখলানা মাগী সিংহাসন অমূক হন্‌জিনবা ঙম্লমী (১৪৩০)। মহাক্না বাংলাদেশতা লৈরিঙৈ হাক্তা থেংনখিবশিংগী মনুংদা বাংল কবিতা অমসুং ঈশৈন্দু নিংথৌসিনা য়াম্না পাম্মা পোকখিরম্মী অমসুং মথোয়শিং অসি মহাক্না মরেবাক্তা হন্‌জিলক্লুনা শক্তি পায়রবা মতমদা মাগী লৈবাক্তা পুশিনক্লম্মী অমসুং চৎনহল্লম্মী হায়বসি থাজফম থোকপা য়ানি। তৌইশুরসুং রাষ্ট্রনৈতিকপা বাংলাদেশনা নমহল্লুনা লাক্লবা অমসুং মপান লৈবাকশিংগা মরী থম্নদবনা চট্টগ্রামদা লৈবা সুলতানগী রাজ্যপালশিংগী মথক্তা লৈরবা আরাকানগী রাজদরবারদা বাংলাগী সংস্কৃতিগী ধারা কয়াম কুইনা চৎনরম্লগে হায়বসিগী লেপ্পনবা চপচাবা প্রমাণ অমতা লৈতে। অসিগুম্বা ফিভম অসি তরামঙাশুবা শতাব্দীগী অহুমশুরকপা মতুংগী মতুংচনবা মতমদদি মনীং মমাং পুমঙন ওরম্মী। হায়রিবা মতমসিদা আরাকানশিংগী শক্তিনা চট্টগ্রামবু লোই চল্লম্মী অমসুং অহুম্না খুদুম চম্নুনা থমখিবসি তরাত-কশুবা শতাব্দী॥ অহানবা চহী তরাগী শরুক্কী মতমদা হুসেন শাহাগী সেনাপতি নসরৎ শাহানা চট্টগ্রামবু অমুক হন্না আরাকান শক্তিদগী মুনদ্রিঙৈ ফাওবনি। আরাকানীশিংনা চটগ্রামবু খুদুম চন্দুনা থমলিঙৈ চহীশিংবু অসিদা বাংলাদেশকা (অমসুং ভারতকী অতৈ অতৈ লমশিংগা) আরাকানগা সংস্কৃতিক মরী থম্না লৈনখিরম্মী। হাক্তকসিদগী হৌদুনা আরাকানগী রাজদরবারদা বাংলা লোন মরুওইবা সংস্কৃতিগী লোন ওইরম্মী। মসিগী মরমদি আরাকানগী রাজদরবারগী অচৌ অচৌবা রাজকর্মচারীশিং চট্টগ্রাম অমসুং যুমথংনবা লৈবাক অমসুং লমখৈশিংদগী বাংলা লোন্না মমারোন্‌ওইবা মীশকমক্তা ওইরম্মী।

হুসেন শাহাগী শাসনা লৈখা তাপ্রবগী তুংদা লৈবাক ব্রায়েন থৌদাগী লমদা আরাকান হায়রুগুম্না মনীং মথা তল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং বাংলা লোনগী প্রভাবতি কম্রিমত্তা ময়েং তাথিদে অহোইনচুম হেঙ্গৎখিরম্মী। মতমদুগী আরাকান নিংথৌশিংনা বাঙালীশিংগী মতো লৌহ্না মথোয়গী মমিং থোম্মরগী অমসুং অসুম্না থোনবসিগী মগুং "থিরিথু থম্মা" ( আরাকানী উচ্চারণদা শ্রীসুধর্মা ) হায়না ইতিহাসতা ফংলিবা অমরা ভাইরবা মিঙ্গৌ অসিনি। আরাকানদা চঙলকখিবা অমসুং মতম থরা লৈরম্বা বাঙালীশিং মুসলমানমক্তা ওইনা তৌরম্মী অমসুং অচৌবা কর্মচারীশিং অমসুং মন্ত্রীশিং অয়াম্বসু বাঙালী মুসলমান ভাক্তা ওইরম্মী। মরম অসিনা আরাকানগী রাজদরবারদা মুসলমানশিংগী প্রভাব য়াম্না কন্না চঙখিরম্মী অমসুং তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা যাম্না তোয়না তৌখিবগুম্না নিংথৌশিংনা মথোয়গী মমিং মুসলমানগা মাঁমং লৌহ্না থোম্মরম্মী। পরাগল খান অমসুং মাগী মচা নসরৎ খান খা নোংপোক বাংলাদা হৌদোকখিবা সাহিত্যগী ভাব ধারা আরাকান রাজদরবারদা তরাতরুকশুবা শতাব্দী লোইরকপা মতমদা য়৷রকম্মী।

আরাকানগী প্রজাশিং অমসুং নিংথৌশিংগী মমাবোন্দি তিব্বত চীন লোনগী ফুরূপকী মসুং চনবাহুবর্মী লোনগী উপভাষা আরাকানী লোন্নি। মসি আর্যশিংগী লোন অমসুং সংস্কৃতিগা য়াম্না থাপনৈ। তৌইগুম্বসুং তরামঙাশুবা শতাব্দীগী ময়ায়গী মতমদগী হৌহ্না বাংলাগী সংস্কৃতিবু সরকারগী লোইশঙশিংগী কর্মচারিশিংনা আরাকান্দা পুশিল্লকপদা নত্তনা ললোন-ইতিক তৌবা অমসুং গরাইবক য়েংবা কাংবুশি সমুদ্র অমসুং চীং-মান লান্দুনা লাকপশিংনসু অসুম অসুম পুশিল্লকখি। অসুম্না অসুম অসুম পুশিন্নকখি। অসুম্না চঙশিল্লকপসিদগী চহী চাম্মরোমগী মসুংদদি বাংলাগী রাজদরবারদা চৎনখিবা হৌন-লোনচৎ অমসুং আচার ব্যবহার পুম্নমক আরাকানগী রাজদরবারদা চৎনখিরম্মী। বাংলা কবিতা অমসুং বাংলাগী জগোয় ঈশৈ আরাকানগী সভ্য সমাজনা য়াম্না পাম্নখিরম্মী।

ঐথোয়না খঙবদা আরাকানগী রাজদরবারগী ইহান হানবা বাঙালী কবিসি দৌলৎ কাজীনি। মহাকী অভিভাবক আশ্রফ খান সাল ১৬২২ দগী ১৬৩৮ ফাওবা পাল্লবা নিংথৌ শ্রীসুধর্মাগী লানমীগী লুচীংবা ওইরম্মী। নোংচুপ ভারতকী লোনগী ( হায়বদি রাজস্থানী, গুজরাটী, হিন্দী, অবধী অমসুং ভোজপুরী ) কবিতাশিংদা থাওরিবা কল্পনা তৌহ্না ইবা ৱারীশিংবু আরাকান্দা পায়নবগীদমক আশ্রফ খান্না দৌলৎ কাজীদা লোর, চন্দ্রানী অমসুং ময়নাগী ৱারী বাংলা লোন্দা কাব্য ওইনা ( পাঁচালী ) ইথোক্লনবা হায়রম্মী। মসিগী ৱারীসি খুদক ঈশৈ অমসুং জগোয়দা পায়না চৎনরম্মী। তরামরী-শরা শতাব্দীগী অঙনবা মতমগী য়েথিলী লাইরিক অমদা "লৌথিক জগোয়" গী রা

পল্লবসিনা তাকপদি মসিগী জগোয়সি অরাং বিহারদা হায়রিবা মতমসিদা মীয়াম্না পায়রিবা হরাও-কুমৈগী মথল অমা ওইরম্মী হায়বসিনি। হৌজিক ফাওবা "লোরিক ঈশৈশিং" থা বিহারদা মরুওইনা আহিরশিংগী মরক্তা য়াম্না পায়রি; মফম অসিদদি মসিদা য়াওরিবা ৱারী উক্তি অমগুম চৎনরক্লে। তোইগুমসুং থা বিহারদা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা ৱারীসিদি অশেংবা মশা'গী ৱারীনুদি নত্তে। মসিগী ৱারীসি বাংলাদেশতদি অতুক হান্না কন্না খঙনরমদবগুম তোই। দৌলৎ খাননা মসিগী ৱারীসি অরিবা ৱাজস্থানী কবিতা সাধন হায়বতুদগী লৌথোকখিবনি। সাধনগী থুৎনা ইরবা লাইরিকশিং লৈরম্মী হায়বা খঙনরকপসি ইকুই কুইখিদ্রি। মাগী কবিতা ইবা লোইরমদনা দৌলৎ কাজী লৈখিরমদে। চহী কয়ামরুমগী মতুংদা আরাকানগী লাকপা অতোপ্পা বাঙালী কবি আলাওলনা মথা ইথতুনা মসিবু মপুং ফাহনখিবনি (১৬৫৯)। কাজীগী কবিতা মমিং অনী থোলম্মী, মতুদি "সতী ময়না" অমসুং "লোর চন্দ্রানী"। ৱারীদি মখাগীসিনি:

গোহারি (১) গী নিংথৌ লোর (২) ময়নাগা (ময়নামতি) লুহোংতুনা হুংভাইনা পাম্লম্মী। মতম খরা লৈরগা যোগী সন্ন্যাসী অমা লোরগী নাক্তা লাক্লম্মী অমসুং মঙোন্দা মোহরাগী মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যা চন্দ্রানীগী (৩) অমেকপা শক্তম্বু উহল্লম্মী। চন্দ্রানী থৌনা ফবা লানমী অমদা লুহোংলম্মী; অদুবু লানমী অদুদি ফিভম কায়রবা হুপা ওইবগী শক্তি য়াওদ্রবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্কী অমেকপা শক্তমদু উবদা লোর রাজকন্যা অসিবু হুংশিরম্মী অমসুং মাগা উননিংলম্মী। মোহল্লা তাম্না চৎলগা চন্দ্রানীগা উম্নরম্মী। চন্দ্রানীসু লোরনা নীংলিবদুদা য়ানিংলম্মী অমসুং হুংশিনরবা অনীদু অমত্তা ওইনা তিন্নরম্মী। ময়ুমদগী লাপনা চৎলুরবা চন্দ্রানীগী মপুরোইবা য়ুমদা হল্লরুবদা মখোয় অনীমক মরৈবাক থাদোক্তুনা চেনবা তারম্মী। মপুরোইবনা মখোয় অনীদুবু তাম্নরম্মী অমসুং উমং অমদা মখোয় থেংনরম্মী। হুপা অনীদু লান য়াম্নরম্মী অমসুং লম্নাই লানফমদুদা চন্দ্রানীগী মপুরোইবদু মথৱায় থারম্মী। চন্দ্রানীগী মপানা লোরবু মমাক ওইনা য়াবিখিরম্মী অমসুং মাগী লৈবাক মঙোন্দা পীরম্মী। মতাং অসিদা ৱারীগী অহানবা শরুক (লোর চন্দ্রানী কৌবা লোইরে।

ৱারীগী ঘটনাগী মফম লোরগী য়ুম মহাক্না হন্দোক্তুনা থম্বিরম্বী মাগী হুপীনা অরা-মৈচাক থাঙহৌরিবা মফমদুদা ওইরে। মাগী অরা পোখানফম হায়ববু মপুরোইববু

(১) অচাবা অর্থদা হৌনলোনচৎ খঙদবা লম হায়বনি (হিন্দীদা গাওৱারী হার)

(২) অচাবা অর্থদা নহা পাথং হায়বনি (হিন্দীদা লৌড়া)

(৩) অচাবা অর্থদা হরাও-তরাম্না পানবা লম হায়বনি

মুমদা হল্লকপিল্লকপা চন্দ্রী অমস্তা ঙাইরবী দেবী দুর্গাবু পূজা তৌজবনা ঙইরম্মী। মরকসিদা চাতন কৌবা ইনাক-খৈরাক খুনবা চক্রবা নহা অমনা মগনাবু পামজনা মাবু মাগীদমক শেম্বীননবা হুপী অমা নেরম্মী। হুপীতুনা মগনাগী মনাক্তা লাক্লগা মহাক মাবু থোমইনখিবী হুপীতুনি হায়না মাগী শক তারম্মী। মহাক মতাং হৈবী হুপীনি অমসুং মহাক্না শিথডুনা ঙাঙবা রাঙাংশিংনা যাম্না পুকচেল শেংবী ওইনা মগনাবু থাজহল্লম্মী। তৌইত্তুগসুং মহাক্না চাতনগী রা হৌদোকললকপদা মগনা শাউবনা মৈ চৌরম্মী অমসুং মহাকপু থদত্তা চৈতুনা তাম্মোকখিরম্মী। মগনা থাঙবা চন্দ্রীগী পন্দোল লোমখিরম্মী; মহাক্না মাগী থাজনা থম্লবা ব্রাহ্মণবু মা॥ অয়োকপা তেনরাহু পুরগা মপুরাইবা থি নবা থাবরম্মী। লৈবাক কযামকম কোগনা চত্তুনা থিকরবা তুংদা ব্রাহ্মণতু মোহরাদা লাক্লম্মী। লোম্লনা মহাক্না হেক উনবদা মাগী মতম কুইনা কাউবরবী হুপীবু নীংশিংলম্মী অমসুং অহুতাপ তৌরম্মী। মচানপাদা চিংথাগী সিংহাসন শিম্নবম্লগা চন্দ্রানী পুতুনা মগনা॥ মনাক্তা মযুমদা॥হ রুম্মী। মতাং অসি রারীগী অনীশুবা অমসুং অরোইবা শরক্সি।

কাজী দৌলৎ মতিক চাম্নবা কবিনি অমসুং মাগা হৌমিন্নখিবা কবিশিংগী কাব্য শিল্পগী মরম মহাক বৃপ্পা থঙলম্মী। সংস্কৃত কাব্য মরমদা মহাক্না থঙবতু খজিক থরাক্তা নৎলমদে। মহাক্না কালিদাসকী অলঙ্কারগী অমসুং জয়দেবগী ছন্দগী ফজবা মতৌবু লৌশিল্লম্মী। মহাক বৈষ্ণব কবিতাগী মফমদা অচৌবা লমন তোল্লে হাযবসি॥ অচাবা প্রমাণ উবা ফংই।

মথাগী পয়েংশিং অসি "বারমাস্যা" ঈশৈদগী লৌথোবপনি। মসিদা শৈথারিবদি ময়নাগী অরা-মৈশা লাংলবা থম্মোযদা হুংশি-হুংওনগী হুংঙাইরবা ইরাং পোকহল্লবগীদমক পাউচৎপী হুপীতুনা ঙাঙখিবা রাঙাংনি :

হে ইবেম্মা মগনা, শ্রাবন থানা হুংঙাই ইরাংবু পুরকপনি, মেঙলবা লিরিবা নোংজুনা খোইথুম্লরবা হুংশিবগী ইরাংবু কাহহৌবনি। মালেমথক্তা চেম্নি লিরি লিরি নামিবী ঈচেম্না; মম্লবা অহিংনি শান্নরি হুংশিনবা মশেন, হুংশিবগী মশান্না মথল মথেল।

মালং নোংদোন ইমম মম, লৌবুক লমহাং ইশং শং, মমথরে লমথৈস্থ মায়কৈ মঘীগী, মমথরে মেঙলবী মঙাল হুমিংকী। নোংথাং বুক্কগী মঙান্না শাম্নমিন্নরি হুংশিবা নোংগী লৈচিনগা অমম্বা, কি-তুজুংলবা অহিংদো হুংঙাই ইরাংদবু তাউ মথল মথেলগী মশান্না হুংশিবগী।

মতু মতম্রি শ্রাবস্তু মতাংবু চাৱবা অদুবু কয়ম লেনগবা মানা মদুবু লেঙলক্তু বা হন্নি।(১) ইহৌরক্লে তুরেলশিং কপ্লে মালং খোঙরাই, নীংবা থুংদ্রবা অপাম মৈচাক হাম্নে'সিনা শকক মরী হেন্না। রাজকন্যানি নঙদি, রাহুরে অদুবু নশানা নপুন্সি চুঙা নশাবু। কবিবু কান্নবি থনবনা হুপীনি নঙ লোরগী হৌজিকফাও? থঙঙু ইবেম্মা হুংশিবহু খম্মোয় পানবা হুপাগী লৈরাং পয়েংনি [illegible], চনকদ্রবা কৈদৌঙৈদা।

লানমী লুচিংবশিংগী অথোইবা সেনাপতি [illegible]য়বদি আশ্রফ খান) মীথোই মীহেনবনি মহাক মালেমদা (থঙবনি মাদি মসিমু [illegible]

দৌলৎ কাজীগী মতুংদা আরাকান রাজদরবারগী কবি ওইখিবা সুফী মত চৎপা আলাওলসু অচোবা পণ্ডিত অমা ওইরম্মী। মহাক ফারসী কবিতা মতুং থিংজিন্না খঙলম্মী অমসুং সংস্কৃত শিক্ষাসু মতিক চানা ফংলম্মী। সঙ্গীত বিদ্যাসু নিংথিনা হৈরম্মী। তৌইগুম্সুং লেখক অমা ওইনদি মাগী কল্পনা শক্তি অমসুং হুৎলোইনা ইবগী মতৌ মমাঙগী কবিনা তৌরম্বদুদগী থরা হম্বরম্মী। মহাক ধর্মবোমদনা হেন্না মথবায় য়াওরম্মী অমসুং ভক্তি ভাবলোমদা হেন্না লৈশিন্না ইখিবনা মাগী থুৎইদা কাব্য রসকী ফজবা থরা রাৎলম্মী।

আলাওল মপুন্সিদা থক হুংঙাইনা লেনখিদে। মহাক বাংলাদেশকী থারোমদা চাইথরকপা লমথৈশিংগী রাজ্যপাল মজলিশ কুতুবকী মচানি। মপামচা হি তোংমিন্নদুনা চৎমিন্নখিবা হাওক অমদা সমুদ্রদা হুরানচিংসি তৌবা বিদেশী কাঙবু অমনা মথোয়দা লান্দাখি। লানফম অসিদা মপা শিখি অমসুং মহাকপুনা ফারগা আরাকানীনি হায়না য়োনখিরম্মী। আলাওল লানমী ওইহন্নবগীদমক লৈখিরম্মী অমসুং শগোল তোংবা লানমী ওইহন্নখী। মতম খঙিক্তংদি মসুংদা নহা ওইরিবা শগোল লানমী অসিগী পাণ্ডিত্যগী অমসুং ঈশৈ নোংমাই হৈবগী পাউ শন্দোক্লম্মী অমসুং মসিগী পাউ নিংথৌ শ্রীচন্দ্র সুধর্মাগী (পানবা মতম ১৬৫২ দগী ১৬৮৪ ফাওবা) মন্ত্রী সুলৈমানগী মনাকোং য়োরম্মী। সুলৈমান্না হায়জবদগীনি আলাওলনা দৌলৎ কাজীনা লোইদনা থমলম্বা কাব্য মথা ইথদুনা লোইশিনখিবা (১৬৫৯) অমসুং ধর্মগী লাইরিক "তুহ্‌ফা-" ফারসী লোন্দা অনুবাদ তৌখিবা (১৬৬৩)।

শ্রীচন্দ্র সুধর্মাগী মচেগী য়োকচবা মচা অমসুং আরাকান নিংথৌগী মীহুৎ অমসু ওইবা মাগন ঠাকু (২) আলাওলগী য়াম্না চান্নবা মপুপ্নি। মাগন্না হায়বদগী মহান্না

(১) মসি বৈষ্ণব ঈশৈদগী লৌরকপগী মচেৎনি

(২) মাগন হা[illegible] (মাগনগী অচাবা অর্থদা নিংঙবদগী ফংলকপবু খঙনৈ) অসিনা তাকপগী মতুং ইন্না মহাক বাংলা লোন ভাংবা ইমুং অমদগী হৌরকপনি হায়বসি তাকই

কাব্য অনীখক ইরম্মী। অনীশিগী মচুংদা মাগী খ্বাইদগী ফজরবা কাব্য "পদ্মাবতী" অ অমনি। মাগন সুফীগী মত য়ানিংলম্মী অমসুং জায়সীগী কাব্যবু থোইদোক্না পাল্লম্মী। মহাক্না আলাওলদা জায়সীগী পদ্মাবতীবু আরাকানগী মীয়াম্না ইরাই লাইনা মচুদা য়াওরিবা রস খঙবা ঙম্লনবা বাংলাদা অনুবাদ তৌরগা কাব্য ওইনা ইবিনবা হায়জরম্মী। মানা তৌরবা অনুবাদ লোইশিল্লমদে অমসুং হায়রগী লাইবিক্তদা য়াওরিবচুগম্ম চানরমদে। বাংলা পাঞ্চালী কাব্যগী থৃৎইগা চাননবা মহাক্না য়ারীদু শমজিন্দুনা অমসুং শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা ইরম্মী অমসুং অতোপ্পা য়ারী-শিংবুন থরম্ম মচুদা হাপচিল্লম্মী। আলাওলগী পদ্মাবতীগী য়ারী মথাদা শন্নপ্পা ইরি :

নাগসেন চিতোরগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাকী সুপীগী মমিং নাগমতি কৌই। সিংহল নিংথৌগী মচাসুপী পদ্মাবতীগী চাংদম্নিংঙাই নৈতনা ফজবা মশক মতৌগী য়া তাবদা নিংথৌনা মহাকপু লুহোংন্নুনা লৌনিংলম্মী। যোগী অমগী ফিজেৎ শেত্তুনা নাগসেন সিংহলদা চৎলম্মী অমসুং মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং হৈনিংবা থৌদোনা নিংথৌগী মচাসুপীবু লুহোংন্নুনা লৌরম্মী। মথোয় অনী য়ুমলোমদা হল্লকপদা মথোযনা তোংলিবা হিদু সমুদ্র ঙমাইদা লুপ্লম্মী তৌইগুম্বসুং সমুদ্রগী দেবতানা মথরায় কনবিরম্মী। ময়ুমদা অমুক্না হল্লক্লুনা সুপী অনীদুগা লোইননা নাগসেন হুংঙাইনা পাল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী মরাইবক্তা মতম কুইনা চিরা ইংনা পাল্লু তন্নমদে। মহাক্না তান্ত্রীক পণ্ডিত অমসুং মন্ত্র তন্ত্র হৈরবা রাঘবচেতনবু লুনা তৌবদুবু মাগী মন্ত্রীশিংনা কল্লকদম্মী। মথোযনা শরো শিন্দুনা নিংথৌগী মপুরিংদা রাঘবচেতনবু থাজদবা পোকহল্লম্মী অমসুং মহাকপু নৈবাত্তুদগী তাম্বোকহল্লম্মী। পদ্মাবতীনা পণ্ডিতপু শাউদনবা থেমজিল্লম্মী অমসুং মথুত্তা শিবা থুজি অমা পণ্ডিততা পীরম্মী। রাঘবচেতন দিল্লীদা চৎখিরম্মী অমসুং সুলতান আলাউদ্দিনদা থুজিদু উত্তুনা পদ্মাবতীগী শুমহৎনবগী মশক ওইরবা মশক মতৌ ফজবগী মরমদা হায়রম্মী। সুলতান্না সুপীদুবু মাগী ওইনিংলম্মী। পদ্মাবতীবু দিল্লীদা পুরক্‌বা চিতোরদা পাউ থাখিরম্মী। মাগী য়া য়ারক্তবদা আলাউদ্দিন্না চিতোরদা লান্দারম্মী। নাগসেনবু মাযথিবা পীদুনা দিল্লীদা লানগী বন্দী ওইনা মাদুনা পুররম্মী; তৌইগুম্বসুং নাগসেনগী অচানবা মনাই অমসুং রাজভক্তি নৈবা গোরা অমসুং বাদিলগী (বাদলগী) মতেংনা মহাক চিতোরদা অমুক হল্লকলম্মী।

নিংথৌনা চিতোরদা লৈত্রিঙৈ চৈবকসিদা কুম্ভলনগী নিংথৌ দেওপালনা পদ্মাবতীবু হুদুনা পুল্লনবা হোৎনরম্মী। নাগসেন্না হল্লকলবা মতমদা পাউসি তাবদগী মহাক্না দেওপালবু মথোয় অনী লানবা তৌনসি হায়না শীংনরম্মী। নাগসেনগী মথুত্তা মথরায়

থারম্মী অমসুং নাগসেনস্ক য়াম্না শাথিনা শোকপদগী মথরাব থাখিরম্মী। নাগমতী অমসুং পদ্মাবতী অনীমক মপুরোইবগা লোইননা "সতী" ওইখিরম্মী অমসুং চিতা অমতদা পূম্না পোৎলোইমিন্নখি। আলাউদ্দিন্না মাগী লানমীগা লোইননা চিতোরদা থুংলবা মতমদা চিতা অতুদগী মৈথু কারমলি। অসিগুম্বা নিংথৌ অমসুং মাগী রানীশিংগী পুকচেল চাউবা থৌদৌ অমসুং [illegible]বগী অরাবা পাউসি তাবদা আলাউদ্দিন চিতা মফমতুদা লাক্লুনা মথোয়বু ইকাই খুম্নরমলগা দিল্লীদা হনখিরম্মী।

মাগন ঠাকুরনা লম শাবদগী আলাওলনা ফারসী লোনগী মংশি-মংওনগী য়ারী "সয়ফুল মুলক বদিউজামান" বাংলাদা অনুবাদ তৌদুনা কাব্য ওইনা ইথোক্লম্মী। মাগন শিবদগী লাইরিক্ত ইবা লেপলম্মী, অতুবু যুবরাজ মাগনগী তুংদা আলাওলগী অভিভাবক সৈয়দ মহম্মদ মুসানা ওইরম্মী অমসুং মহাক্না হাযবদগী চহী কয়ামুক্কী মতুংদা আলাওলনা লাইরিক্ত অমুক মথা ইথদুনা লোইশিল্লম্মী। মুসানা হায়জবদগী মহারা নিজামীগী "হফৎ পয়কর" হায়রবদুমক্ত বাংলা শৈরেংদা অনুবাদ তৌদুনা ইরম্মী। মতমদুদা শাহ জাহানগী মচানুপা অমসুং বাংলাগী সুবেদার শাহ সুজা আরাকানগী রাজদরবারদা চঙজফম নিদুনা লৈরম্মী। শুজা আলাওলগা থেংনরম্মী অমসুং মথোয় মীচেন অনীমক অমগা অমগা য়াম্না চাম্নরম্মী। শুজা হাৎত্রবা তুংদা আলাওলবু মাগা তিন্নরম্মী হায়বদগী চিংনদুনা ফাদুনা কৈতুমশঙদা থম্লম্মী অমসুং মাগী অরৈবা মরল-মথুম পুম্নমক মৎখিরম্মী। চহী কুইনা লৈরুরবগী তুংদা মহাকপু থাদোক্লম্মী, মতমদুদি মহাক করিস্ক কান্নদ্রবা মীশক অমা ওইরম্মী। মতম অদুদা শ্রীচন্দ্র সুধর্মাগী মন্ত্রী সৈয়দ মুসা অমসুং মজলিস নবরাজ অনীনা মহাকপু চঙফম পীদুনা মথোযগী নাক্তা থম্মিরম্মী। মজলিসনা হায়জবদগী আলাওলনা নিজামীগী "ইসবন্দর নামা" হায়বা লাইরিক্ত বাংলা লোন্দা "দারা সিকন্দর নামা" হায়না বৌদুনা রূপান্তর তৌদুনা ইরম্মী।

আলাওল ফারসী কবিতাদগী বাংলাদা অনুবাদ তৌখিবা ইহান হানবা বাঙালী কবিনি। মহাক লোন কয়ামরম হাযবদি, সংস্কৃত, বাংলা, অবধী অমসুং ফারসী লৈংথিনা থঙবা মরম্না মহাক্কী রচনারীতি থোইদোকপা মগুণ চেল্লম্মী। দৌলৎ কাজীগুম মশাগী ওইবা কল্পনা শক্তি অদুক হায়রা লৈজদ্রবস্ক হোৎনজমনগী মহৈদি মানদুম হেন্না ফংখিরম্মী। পদ্মাবতী কাব্যদগী লৌথোকপা মথাগী পদশিং অসিনা মতমদুদা বাংলা গীতি কাব্যশিংদা চৎনরম্বা ধারাবু কবিনা ফজনা ভাক্লুনা ইরম্মী হায়রবসি তাকই :

আঃ কায়রে ঐ॥ থম্মোয়। মিৎ পাঙলবস্ক মঙ মঙলবস্ক মহাকপুদা মউরে ঐনা মতম চুপ্পা। থঙদে ঐহাক বিধিনা করম তমথিবা। ফংলগা পরশমনি মাঙহনখরে

অমুক ঐনা চেকশিনলবই। কনাদবু তমসিগে ঐগী থম্মোয় মৈচাকনে? য়াদি ভাবনা কায়গনি থম্মোয় ঐবু হুংশিবা মরুপশিং। অবা-মৈচাকসিনা অহিং কয়া ওইহল্লে কুমজা কয়া। করম্না হিংগনি ঐ ওইরবদা ঊবংফান্দা কাররবা ঙা। খাঙজমত্রবা মৈচাকপু পুদুনা করিগী হিংলি ঐ? হুংওয় কল্লবা থম্মোযনি ঐগী, অমুপ কনবা চৈনাসিনা ঙমদে কাবহনবা মসিবু। লৈবাক্কী মপু সৈয়দ মুসা লৌশিং শিংবনি। হুংশি থাযনা মৈচাকপু শকচৈ তোল্লবা আলাওলনা।

হিন্দুশিংগী ধর্ম ভাবনা মপুং ওইবা কবিতাগী প্রভাব মথোয়দা চঙলকপা মুসলমান লেখকশিংনা ঙাকথোকপা ঙম্লমদে। মখোযগা ধর্ম তিম্নবা মীশিংগীদমক্কি হায়না মুসলমান লেখকশিংনা অহানবা ইথিবা য়ারীগী কাব্যশিং হিন্দু লেখকশিংগী য়ারীগী কাব্যগী মতৌ ইকোং ফোংনা তম্লম্মী। মহম্মদ অমসুং মহাক্কী মমাঙদা লৈরম্বা ইসলাম ধর্ম লুচিংবশিংগী য়ারীগী কাব্যশিংগী মমিং "নবীবংশ" (হিন্দুগী হরিবংশগী মতৌ তমদুনা) অমসুং "রসুলবিজয" (হিন্দুগী পান্দববিজযগী মতৌ তমদুনা) কৌরম্মী। অসিগুম্বা মখলগী ইবা মমাংঙৈগী মুসলমান লেখকশিং চট্টগ্রাম অমসুং শ্রীহট্ট লৈরম্বা ঙাক্তনি, মরমদি মফমশিং অসি তরাতরুবগুবা শতাব্দীদ হৌদুনা মুসলমান সংস্কৃতিগী কেন্দ্র ওইরম্মী।

সাল ১৬৫৪ দা চট্টগ্রামগী সৈযদ সুলতান্না "রসুলবিজয" (অতোপ্পা মমিং অমনা "নবীবংশ" কে বা) কাব্য, ইরম্মী, অমসুং মসিদা মহাক্না ইসলাম ধর্মগী মহাপুরুষশিংগী মরক্তা হিন্দুগী দেব-দেবীশিংগী য়াস্ত হাপচিল্লম্মী। মহাক্না বৈষ্ণব পদাবলী ঈশৈশিং অমসুং যোগ সাধনাগী মরমদা লাইরিক থরম্থ ইরম্মী। মুসলমান ধর্মগী লুচিংবশিংগী শিয়াশিংনা ইরান লৈবাকপু ভয় তৌথিবগী অমসুং ধর্ম অসিবু মফম অদুদা চৎনহনথিবগী নত্রগা মহম্মদকী মচু হাসান অমসুং হোসেন অনীগী মরাইবক্তা তমথিবা ঙমথিরবা থৌদোক্কী য়ারী ইবা "জঙ্গনামা" কৌবা কাব্য বাঙলী মুসলমানশিংগীদি মহাভারত মথল অমনি। অকোনবা হাসান অমসুং হোসেনগী য়ারা মহাভারতকী অভিমন্যুগী অরাবনা পোলোই ওইথিবা য়ারীগা মান্নরম্মী, মরম অসিনা বাংলাদা লৈবা শিয়া সম্প্রদায়গী মুসলমানশিংনা য়াম্না পাম্নরম্মী। খাইদগী অরিবা বাংলাদা ইবা জঙ্গনামাদি চট্টগ্রামগী মহম্মদ খান্না ইবা "মক্তুল হোসেল" (হোসেন নোঙ্গাথিবা) হায়বদুনি। কবিগী ধর্মগুরু ((মুরশিদ) পীর শাহা সুলতাননা হায়বদগী কবিনা মসি খৃষ্টাব্দ ১৬৪৫ দা ইবা লোইশিনথি। চট্টগ্রামগী অতোপ্পা জঙ্গনামা ইথিবা লেখকশিংগী মরুওইবা নসরুল্লাথান অমসুং মনসুরগী মমিং পনবা য়াই। নসরুল্লা খাননা জরানিপান-

শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা মাগী মুরশিদ পীর হামিদ উদ্দীনগী য়াথংদগী জঙ্গনামা ইরম্মী অদুগা মনহন্না। ইথিবনা মংম্মদ শাহানা হায়রদগীনি।

অরাং-বঙ্গগী খুৎইদগী লিরবা মুসলমান কবি হায়াৎ মামুদনা ইবা জঙ্গনামা মহরম পর্ব (মহাভারতকী লাইরিকশিংগী মতৌ লৌদুনা খোনবা) হায়নস্ত কৌরম্মী। মসি খৃষ্টাব্দ ১৭২৩ দা ইরম্বনি। মহাক্না ইরম্বা অতৈ লাইরিকশিংগী মথংদা খৃষ্টাব্দ ১৭২৩ দা ফারসী লোনগী হিতোপদেশতগী বাংলাদা অহুবাদ তৌবা লাইরিক, খৃষ্টাব্দ ১৭৫৩ দা ইসলাম ধর্মগী মরমদা ইবা "হিতজ্ঞান অবলী" (অথবা জ্ঞানগী র্বা) অমসুং খৃষ্টাব্দ ১৭৫৮ দা ইথিবা "আম্বিয়াবানী" (নবীশিংগী পাউজেল) হাযরিবশিংসি শীংখানবা য়াই।

তরানিপানশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা নোংচুপ বঙ্গগী মুসলমানশিংগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী কেন্দ্র অমা দামোদর তুরেলগী খা থংবা তোরৈগী তোর্বান্দা তাবা ভুরশুট থায়নগী ভুরীশ্রেষ্ঠী লমথৈদা শেমগৎলম্মী। তরানিপানশুবা শতাব্দীগীময়ায় মতমগী কবি ভারতচন্দ্র রায় হানরিবা মফমসিদা লৈরম্মী। মহাক্কী অয়োবী ফারসী রীতিগী কবিতাদা লমথৈসিগী মীযাম্না পায়রবা মুসলমান কবিশিংগী প্রভাব ফজনা চংলম্মী মুসলমান লেখকশিং অসিগী মথংদা খুৎইদগী শীংথানবা য়াবদি গরীবুল্লানি। অফংবা প্রমানশিংদগী খঙবদা মহাক তরানিপানশুবা শতাব্দীগী ময়ায় মতমদা লৈরম্মী। মহাক্না ইরম্বা কবিতা অনীথক ফংই। অমনা আমীর হামজা জঙ্গনামা খুৎইগী কাব্যনি অমসুং অতোপ্পদুনা "ইউসুফ জুলেখা" কৌবা হুরুদ্দীন জামীগী ফারসী কাব্যদগী লৌথোক্লুনা ইবনি। গরীবুল্লাগী হেক তুংদা থোক্লকখিবা কবি সৈয়দ হামজানা মাগী মমাঙগী কবিগী জঙ্গনামাগী অনীশুবা শরুক ইদুনা (১৭৯২-৯৪) জঙ্গনামাদু মপুং ফাহনম্মী। সিগী মমাংদা "মধু-মালতী" কৌবা হুংশি-হুংগনগী কাব্য অমা মীযাম্না পায়রবা যুঙ্গা রারী অমদগী লৌথোক্লুনা মহাক্না ইরম্মী। হামজাগী অহুমশুবা কাব্য "জৈগুণের পুথি" হায়বা মসিদা ছাপা তৌদুনা পুথোকখিবা লাইরিক অহানবদা হালিফাগী জঙ্গনামা কৌই। মসি খৃষ্টাব্দ ১৭৯৭ কী ওক্টোবর থাদা ইবা লোইখি। মহাক্কী ইরোই লোইবা লাইরিক্তি "হাতেম তাইয়ের গল্প কেচ্ছা" (হাতেম তাইগী রারী) হায়বসিনি। মসি খৃষ্টাব্দ ১৮০৪ দা ইবা লোইখি।

তরামাপানশুবা শতাব্দীগী হায়রিবা লমথৈ অসোমগী মুসলমান লেখকশিং॥ মরমদা অমুক নৈনরবগী কান্নিনিংঙাই লৈতে। মরমদি মথোয়না পুথোকলম্বা লাইরিকশিং শুপ্পগী কলকাতাদা লৈবা লাইরিক হৈতবা মীওইশিংগীদমক্তা ইরম্বা ওইনা তৌই অমসুং

ফারসী, হিন্দী অমসুং উর্দুগী খুাইনা খণ্ডনরবা ৱারীশিংদগী লোখোকপনি। লাইরিকশিং অসিদা ইরিবা লোল ফারসী, আরবী অমসুং হিন্দী শব্দনা পাখোকপমখৈ য়াওবনা লোনশিং অসি হৈত্তবা মৌদি ইরিবশিংদু খণ্ডবা ঙমমদে। অসিগুম্বা য়ানশিন্নরবা লোন অসিবু "ইসলামী বাংলা" হায়না খণ্ডনরম্মী। মসিগী সাহিত্যা লোন অসি নোংচুপ বঙ্গা মুসলমান লেখকশিংনা হৌদোকখিবনি অমসুং তরামাপনগুবা শতাব্দীগী লোইশিংকপা মতমদা লোন্দা অসি অরাং অমসুং নোংপোক বঙ্গগী মুসলমানশিংনসু শিজিন্নরমী।

ইসলামী বাংলাগী কবিতা চর্চ্চা তৌবা অমসুং ইবা মুসলমান লেখকশিংতনা তৌরমদে। করি করিগুম্বদা লোন অসিদা লাইরিক ইননবগীদমক হিন্দু লেখক মশানসু লাইরিক ইজরমী। মসিগী চপচাবা খুদমদি অরাং নোংচুপ বঙ্গদা লৈবা রাধাচরণ গোপনা ইবা অঙ্গনামাদুনি। মসি খুৎনা ইরম্বা লাইরিক ওইনা ফংই।

হিন্দু কাব্যগী প্রভাব মুসলমান লেখকশিংদা চঙশিনখিবসি অমুপকী মতিক কনখিরম্মী মদুদি তরামাপনগুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা ইসলাম ধর্মগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়ামরম হিন্দুগী ভাব ধারাগা চাংহনরবং দমক অমুক হন্না ইখোবপা য়াওবা য়াওরম্মী। হাসান অমসুং হোসেনগী অতাং ওইরিবৈ য়াম্না ঙাওনা হৌরকপা মতাংগী মীয়াম্না পায়রবা ৱারী কৃষ্ণমঙ্গল কাব্যদা য়াওবা কৃষ্ণ অমসুং বলরামগী ৱারীগী মতৌ তমদুনা ইরম্বনি। বর্ধমানগী আবদুল মতিনগী "ইসলাম নবী বেচ্ছা" (ইসলাম ধর্মগী নবীশিংগী ৱারী) কৌবা লাইরিক কাশীরাম দাসকী হরিশ্চন্দ্র (ধর্মমঙ্গল কাব্যদা য়াওবা) অমসুং দাতা কর্ণ (তরানিপানগুবা শতাব্দীদা ইবা কৃষ্ণমঙ্গলদগী) ৱারীশিং অসিদগী মুসলমানশিংগী ৱারী ওইনা হেক্তা ওন্থোকপনি। ফরিদপুরদা লৈবা আবদুল রহমানগী "সুরুজ্জমাল" গী ৱারীগী মমৈগী মতাং মনসামঙ্গলদা য়াওবা বেহুলাগী ৱারীগা মত্তৌ তম্বনি।

শ্রীহট্টা লৈবা মুসলমান কাংবু সংস্কৃতিগী মায়কৈদা মথোয়গী ওইনা তোঙান তাদুনা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসু মথোয়গা ধর্ম তিন্নবা নোংচুপ বঙ্গগী কাংবুগদি মরী শুমতৎ তৎনরমদে। মথোয় হিন্দী কবিতা চর্চা তৌরম্মী অমসুং মদুদা খুৎলোইনবগী-দমক "কায়থী" কৌবা ময়েক শিজিন্নরম্মী। তরামাপনগুবা শতাব্দীগী অরোইবা মতংগী মতমদা লাইরিক খরা ময়েক অসিদা ছাপা তৌরম্মী। মসিগী ময়েকসি "সিলেটী নাগরী" হায়না খণ্ডনরম্মী। শ্রীহটকী মুসলমান লেখকশিং চুংশি-কংগুনগী ৱারী অমসুং বৈষ্ণব পদাবলী অদুনা অধ্যাত্ম সঙ্গীত ইবদা মপুঙ্গিং চঙলম্মী।

লম মশাস্থুদা লৈরবা মুসলমান বীরশিংগী বারীগা হিন্দুগী বারীশিংগা য়ানশিন্নদুনা ধর্মগা মরী লৈনবা অনৌবা কবিতা জাৎ অমা নোংচুপ অমস্থং অন্নাং বঙ্গদা শেমগৎলম্মী অমস্থং মসিনা মরম ওইদুনা হিন্দুশিংনা সত্যনারায়ন হায়না কৌনবা অদুগা মুসলমানশিংনা সত্যবীর কৌনবা অনৌবা দেবতা অমগী মূর্ত্তি কল্পনা তৌদুনা পুথোক্লম্মী। দেবতা অসিগী মরমদা ইবা কবিতাশিংগী হায়বদি "সত্যবীর পাঁচালী"-গী লেখকশিং অয়াম্বনা হিন্দু ওাক্তনি। বাংলাগী মুসলমান পীরশিংগী থ্বাইদগী লীরবা চৎনরকপগী বারী "সেখশুভোদয়া" কৌবা লাইরিক্তা ইরি। মসিগী লোন য়ানশিন্নরবা লোন মথল অমনি, বাংলা লোনগী মওংদা সংস্কৃত্তা ইবা লোন্দা জাৎনি। মসিগী লাইরিকসিদা লক্ষ্মন সেন্না বাংলাদা পানবা মতমদা (তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী অথেওবদা) লৈবাক্তুদা লাকখিবা সেখ জালাল উদ্দীনগী আধ্যাত্মিক শক্তিগী মথল মথেলগী বারী য়াওরি। য়াওরিবা বারীশিং অমস্থং থৌদোকশিং থরদি য়াম্না লিরবা ওাক্তনি। মসিদা য়াওবা, কদায়দগী লৌশিল্লকপনো থওদবা বারী অমদা অস্নুন্না ইরি, মহুদি, গুপী অমথক ঈশৈ অমা তাবদা ঈশৈদুনা মাবু অস্নুপকী মতিক শুমহৎখিরম্মী, অঙাং পিশক ওইরিবা মচাদু চফুনি হায়না থন্দুনা মানা ঈশিং শোকনি লাক্লিবা শুহা অদুদা থাদরম্মী। নিপানশুবা শতাব্দীগী মহাস্থানগী তেক-কায়রবা মন্দির অমদগী ফংবা লৈপাক অমস্থং লৈঙোইনা শাবা ফম্পাক্তা বারীসি য়েক্তুনা তাক্লি। সেক শুভোদয়াদা য়াওবা বারীশিংসি অসিগুম্বা মথলগী অরিবা লাইরিকশিংদা কাব্য থুৎইদা ইবা বারীশিংদগী মথাং লৌথোক্লকপনি হায়বসি থাজবা য়াবা বানি।

ওইনীংবমা ওইসন্থ বঙ্গদেশদা পীরশিংগী পরম্পরাগী চৎনরকপা হৌথিবসি তরাহুমদোইশুবা শতাব্দীদগীনি অমস্থং হৌরকফম্না অন্নাং অমস্থং নোংচুপ বঙ্গগী শরুশশিংদগী মরম্নাই হৌরকথিবনি। সত্যপীরগী অচৌবা মতিক মশুণবু শন্দোক্লবগী-দমক লেথকশিং থরনা ফুঙ্গারারীগী থোওদা বারী ইনরম্মী। মরো-মশিং য়াম্না চাবা মুসলমান অমনা হায়বদগী অন্নাং বঙ্গগী লেথক কৃষ্ণহরিদাস কৌবা অমনা খুল্লক-ইরক্তা চৎনবা ফুঙ্গারারীগী মতৌদা সত্যপীরগী চাউরবা পাঁচালী অমা ইরম্মী। তৌইশুবস্থং অতৈ অয়াম্বা লেথকশিংদি চণ্ডীমঙ্গল অমস্থং মনসামঙ্গল কাব্যশিংগী লল্লোনবা মুপা অমগী বারী মতাংগী মওংদু লৌদুনা লাইরিক (পাঁচালী) মচা মচা ওাক্তা ইরম্মী। সাহিত্যগী মচাক ওইনদি পীরগী বারীশিংসি মমল পংকা কাদে। মথোয়সিদগী কাম্নরিবদি য়াম্না চাউরবা অমস্থং মরু ওইরবা ধর্ম সম্প্রদায় অনী অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নহনবা পাক-শন্না হোৎনরম্মী হায়বগী অরেপ্পা প্রমান মথোৎনা ওাকই। তরানিপানশুবা শতাব্দীদা সত্যপীর নত্রগা সত্যনারায়ণ মীয়ামা থোইদোক্তা

পায়রলগী অমসুং শতাব্দীশিংগী খ্ৰাইকপী চাউরবা লেখকশিং ঘনরাম কবিরত্ন, রামেশ্বর ভট্টাচার্য অমসুং ভারতচন্দ্র রায় হায়রিবশিং অসিনা অতেন অতেনবা "সত্যনারায়ণ পাঁচালী" কবিতা কয়াম ৱা ইরমী।

## তরামথিশুবা পন্দুপ

## তরানিপানশুবা শতাব্দী ঃ
## মসিগী অপাম্বা রাথল অমসুং ফংলকপা মহৈ

ঔরঙ্গজেবকী লানগীতা য়েংতুনা চৎনহনখিবা শাসনগী হৌনবী পরীংগী অকনবা চৈফুনা পাক শন্না শন্দোকখ্রবা মোগল সম্রাজ্য মহাক মশা হেক লৈথিদবদা কাংথোং চাইরম্মী (খৃষ্টাব্দ ১৭০৩) অমসুং প্রদেশকী শাসন তৌবা মীয়াম্না নবাব হায়না থঙনবশিং অসিনা অপাম্বা মওংদা শাসন তৌতুনা বাংলাদেশ মনীং মথা তম্না পানবা লৈবাক অমগুম তৌনিংবতা তৌতুনা পাল্লম্মী। চৈরক অসিদা নোংপোক মায়কৈ অসোমদা লল্লোন-ইতিক তৌরিবা বিদেশী শক্তিশিংনা প্রদেশ অসিগী শেনথুম লাক্লনবগী মপুং ওইবা মফম গঙ্গাগী তোরৈ লমদমশিং অসিদা শেনথুম অমসুং লৈবাক রায়েন থৌদাগী মরীদা খুদোংচাবা ফংনবগীদমক মথৱায় য়াওনা হোৎনরক্লম্মী। থৌদৌ অনী হায়বদি শাসনগী মরীদা দিল্লীগী খুৎপায় চেৎলক্তবা অমসুং বিদেশী লল্লোনবশিংনা কাওবু কাওবু নাইনা গঙ্গা তুরেলগী তোর্বান লমদমশিংদা মহুম চাউনা চাউনা শাগৎ-লকপা অসিনা মরম ওইতুনা বাংলা দেশতা মহৌশা থেঙনখিদ্রিবা শহরতদা চৎনগদৌবা সভ্যতা মথল অমা থোরক্লম্মী। মোগলগী লৈবাক রায়েনবশিংনা জমিদারিবংশ শেমগৎলম্মী অমসুং হাযরিবা জমিদারশিং অসিনা মমাংঙৈদা থরমথৈ মনীংমথা তম্না পাল্লম্বা কাওবুশিংগী লমচৎ-শাজৎশিংগী মতৌদু তম্লম্মী অমসুং মথোয়না কবি অমসুং পণ্ডিতশিংবু মপুরিংদদি ইপাং পাংনিংদনা তৌবা হৌনৈ হাযবগী মওংতদা মতেং পাংলম্মী। অসিগুম্বা মতেংশিং শতাব্দীসিগী অফাওবা কবিশিংনা ( বৈষ্ণব কবিশিং থাদনা ) ফংনরম্মী। ঘনরামগী তেংবাংবীবা অভিভাবক বর্ধমানগী কীর্তিচান্দনা ওইরম্মী, মেদিনীপুরগী রাজারামনা হায়বদগী রামেশ্বরনা লাইরিক ইথি অমসুং ভারতচন্দ্র কৃষ্ণ-নগরগী কৃষ্ণচন্দ্ররায়গী পেনসন চারম্মী।

শতাব্দীসিগী অনীশুবা তঙ্খায়গী মতুং ইংরেজ শক্তিনা বাংলাদা চেৎনা মপান-মরা তারবা মতমদা লৈবাক রায়েন থৌদাগী, ল[illegible]ন-ইতিকী অমসুং অনৌবা হৌরক্লিবা সংস্কৃতিগী শিল্লাংনবগী ময়ায় থোকপা মফম কলকাতাদা ওইরম্মী। লল্লোন-ইতিকী অমসুং রায়েল থৌদাগী মরমদা ইংরেজশিংগা মরী লৈনবা কলকাতাগী মতুং অমসুং অকোইবদা লৈবা মীশিং ওইজ-ওইথক য়ায়া ফংলম্মী। , কলকাতাদা অমসুং

মুর্শিদাবাদতগী হৌরগা হুগলী তুরেলগী তোরৈ মথাগী তোর্বান্দা তাবা অতোপ-অতোপ্পা শহরশিংদা নৌনা চৎনরক্লিবা সাহিত্য অমসুং কৃষ্টিকলাগী ভাব-ধারাবু য়োকখৎনবা নৌনা ইনাক-কৈরাক খুল্লকপা মীওই কয়ামরুম চোংথোক্লকখি। শতাব্দীসিগী হেক মচিনৈরেগী হৌহুনা সাহিত্যনা মরুওইনা বংগে তান্নরকপদা নোংম নোংমগী কনখৎলক্লিবদি গদ্য খুৎইগী অচাবা রীতি অমা লেপ্পা হায়রবসিনি। তৌইগুম্বসুং মথং শতাব্দীগী মচিনৈরেদা বাংলা ময়েক্কী ছাপা নম্নবা কল নিংখিনা লিংথক্লিরবগী অমসুং খুৎলোইনা ইবা য়াবা বাংলা গদ্যগী খুৎই তঙাইফদ্রে হায়রবসি খঙনরক্লিরৈ ফাওবদি মায়কৈ অসোমদা খুমাঙ ইচাও চাওশিল্লমদে। মমাঙ শতাব্দীগী বৈষ্ণবশিংনা ধর্ম॥ অথুপ্পা ব্রাবু ব্রাহং অমসুং পাউথুমগী মওংদা অতেনবা নিবন্ধশিং ইহুনা মসিগী গদ্য খুৎইসিবু চৎনহল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মখোয়না ইরিবা লোন সূত্ররীতিগী লোন্দা মানবা য়াম্না তেনবা ব্রারেং অমসুং য়ানশিল্লরবা ব্রাহে-ব্রাতাশিং মরুনি ইরিবা রীতিনা গদ্য অমসুং পদ্য অনীগী মরক্তা লৈবা ব্রারেং জাৎ অমনি। পোর্তুগীজ মিশনরীশিং অমসুং মখোয়গী কেথোলিক ধর্ম লৌরবা লমসিগী মীশিংনা হায়রিবা বৈষ্ণবকী লাইরিকশিং অসিগী মতৌসি লৌহুনা ধর্মগা মরী লৈনবা বাংলা গদ্যদা ব্রাহং অমসুং পাউথুমগী অতেনবা নিবন্ধশিং ইরম্মী তৌইগুম্বসুং সাধারণ মীয়াম্নদি মসিগী নিবন্ধশিংদা য়াওরিবহু খঙবা ওন্নমদে।

মখোয়না ইরিবহু গদ্যগী অচুম্বা খুৎইনি অহুবু তনান তনান্দে অমসুং বিদেশী ব্রাহে-ব্রাতানা পিক থনখিবনা খঙবদা ব্রাই। তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী লোইয়মদাই অহুগা তরানিপানশুবা শতাব্দীগীনা হোগৎলকপা মতমসিদা বাংলাদেশকী কেথোলিক খৃষ্টান কাঙবুগী মরুওইবা কেন্দ্র ওইরম্বসি নোংপোক বঙ্গদনি, মরম অসিনা নোংপোক বঙ্গগী লোম্নরিবা লোনগী প্রভাব মখোয়না ইরিবা গদ্যসিদা য়াওই; মসি ময়েক শেংনা উবা ফংই। খৃষ্টানশিংগী ওন্নিরৈ মতমগী গদ্য খুৎইগী চপচাবা নমূনা ঢাকাদা লৈবা বাংলাদেশী খৃষ্টান দোম আন্তোনিওগী অতেনবা নিবন্ধগী লাইরিক্তা য়াওরিব গদ্যশিং অহুনি। ছাপা সুপতৌ তৌথিল্লবা মসিগী লাইরিকসিদা কেথোলিক পাদরি অমগা ব্রাহ্মণ অমগা ব্রারী শান্নবগী মওংদা কেথোলিক পাদরিহুনা হিন্দু ধর্মদগী খৃষ্টান ধর্মনা হেল্লি হায়রবসি উৎননবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মখলগী অতোপ্পা লাইরিক অমনা মালোএমদা আমসুম্প সাঁওনা ঢাকাদা সাল ১৭৩৪ দা ইথিবা "কৃপাগী শাস্ত্র॥ অর্থ অমসুং অনুমান" কৌবা, চহী মাপন লৈরগা রোমান ময়েক্তা' ছাপা তৌহুনা লিসবোন্দা পোর্তুগীজ লোন্দা ইবা মূলগ্রন্থগা পুন্না ফোঙমিন্নখিবা অহুনি। চহীসিমক্তদা (১৭৪৩) মহাক্কা বাঙালী অমসুং পোর্তুগীজ শব্দকোষ য়াওবা পোর্তুগীজ লোন্দা ইবা বাংলা ব্যাকরণ অমা ছাপা তৌহুনা ফোঙলম্মী। মতমহুদা বাংলা লোন্দা লৈরেং ইরগী

হৈনবীসি লেখকশিংদা অহুপকী মতিক কনথিরম্মী মতুংদি খৃষ্টান লেখকশিং ফাওবা মখোয়না ইবা গদ্য খুৎইগী লাইরিকী মচি মচিদা শৈরেং ওইনা হেক হেক ইরকপা য়াওবত্ থাদোকপা ওস্রমদে অমসুং লাইরিকী লোইশিন্নকপদা পরেং অনীগী মোক্তুবা শৈরেং হেক হেক হাপ্লম্মী।

মোগল সম্রাজ্যগী লৈবাক রায়েলগী চৎনবী লোল ফরাসী লোন্না ওইরম্মী, মরম অসিনা ব্রাহ্মন ফাওবা মপুক্কিদা চুংঙাই-য়াইফনা পান্নীংলবদি লোন অসি তম্বা তারম্মী। মসিগী মহৈনা সংস্কৃতা থরায় য়াওনরম্বত্ অচৌম অচৌম কোমথোরম্মী ; অচৌম তৌবদগী তরানিপানশুবা শতাব্দী ময়ায়রাইদদি সংস্কৃত পণ্ডিতশিং অমসুং লাইরিক-লাইস্ত নিংথিনা হৈরবা বৈদ্যশিং ( হায়বদি খুবকী মাইবশিং ) ফাওবা সংস্কৃত লোন্দা ইবা লাইরিকপুদি বাংলাদা অনুবাদ তৌরবা লাইরিক মচা মচাশিংবুনা হেন্না পাম্নখিরম্মী। অচৌম তৌনা পুরোহিতশিংগী অপিকপা অয়ুক চুংদাং শিজিন্নবা বোই, পণ্ডিতশিংগী লাইরিক মচা মচা মাইবশিংগী অনা-লায়েংবগী রা তাকপা বাংলা গদ্যদা মখুৎ মখুৎনা তেন্না ইবা লাইরিক মচাশিং অসি থোক্লকলম্মী। অসিগুম্বা মথলগী গদ্য খুৎইশিং অসি তরামাপনশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজগী ওঝাশিংনা তম্নবগীদমক পুথোক-লকপা অমসুং রামমোহন রায়না য়ারবা গদ্য রচনাশিংগী মরক্তা য়াওত্নুনা অমুক হন্না থোকলক্লম্মী অমসুং হাযরিবা গদ্য খুৎই মথলসি চহী কয়ামুক্কী মতুংদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর অমসুং মাগী মতমতুগী পণ্ডিতশিংনা অমুক হন্না শেমদোক-শাদোক্নুনা হোৎনবদগী চৎনবদা মতিক চারবা গদ্যগী খুৎই ওইখিরম্মী। চিঠিনচিংবা রা-রান ফাওদোক্লবদা অমসুং দলিল্লচিংবা ইনবদা ইনরিবা মীয়াম্না পাম্নরবা গদ্যগী খুৎইগা পণ্ডিতশিংনা ইরিবা খুৎইগা য়াম্না থেন্নরমী ; অহানবগী খুৎইসিদনা শব্দ কোষতদা য়াওবা সংস্কৃতকী লুরবা রাহৈশিং কয়া য়াওদে, মতুগী মহুত্তা মীয়াম্না লাইনা থগুনরবা ফারসী অমসুং ফারসী রাহৈ ওনশ্রবা রাহৈ-রাতাশিংনা নম্না য়াওই। মীয়াম্না পাম্নবা রীতিসিনা অয়ুক চুংদাং ঙাঙনরিবা লোন্দাগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নবা মরম্না মসিগী খুৎইসিনা পণ্ডিতশিংগী লোন্দাগী খুৎইদগী হেন্না কৈ হায়বসিদা করিসু লান্দে। অসিগুম্বা মীয়াম্না য়ানরবা গদ্যরীতিসিদা লাইরিক-লাইস্ত ইবসি কায়স্থশিংতনা তৌরম্মী মরমদি ফারসী লোন তম্বা অতৈ কাঙলুপশিংদগী মখোয়না ইহেন হেন্নমী। উইলিয়ম কেরীগী মুনশি অমসুং বাংলা লোনগী ওঝা অতুগা ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজগী "রাইটর" হায়না থগুনবা ইংরেজ ছাত্রশিংগী তম্নবগী ইখিবা "রাজা প্রতাপাদিত্য চরিত্র" ( ১৮০১ ) অমসুং "লিপিমালা" ( ১৮০২ ) কৌবা লাইরিকশিংগী লেখক রামরাম বসু অসিগুম্বা মীয়াম্না য়ানরবা গদ্যরীতিদা ( মুনশি রীতিদা ) লাইরিক ইবা খুদইদগী ইহান হানবা

অমসুং শিংথানবা য়ারবা লেখক্নি। শতাব্দী কয়া চুপ্পা মুসলমান দরবারগী সংস্কৃতিগী প্রতিক্রিয়াশিল ওইবা থৌদৌশিং হেন্না হেন্না কনশিল্লকপা হেল্লকখী অমসুং বৈষ্ণব ধর্মনা মসিদগী নাম্ব্রোরনবা লম্বী অমা পীরম্মী তৌইগুবসুং তরানিপানগুবা শতাব্দীদদি বৈষ্ণব ধর্মসু ব্রাহ্মণ্য ধর্মগা হকচিনবা নিয়ম নীতিশিংগী মরমদা চাংদমবদা পংকোম কোম্বা ওইরক্লে। মশিবু য়ানিংদবা ওইনা অনোবা ধর্ম কয়ামক্রম চোংথোরবখি, চোংথোকলক্লিবা ধর্মশিং অসি বৈষ্ণব ধর্মগী ধর্ম বিরুদ্ধ ওইবা কা হেনবা নীতি নিয়মশিংবু য়ানিংদবদগী চোংথোকলকপনি অমসুং অনোবা ধর্মশিং অসিনা জাৎ বিজাৎ, শাগে অমসুং ইরাৎ পূজাশিংগী নিয়ম নীতিশিং পুম্নমক লৈহন্দনা হোৎনরম্মী। মথোয়শিংসিগী মরক্তা ব্রাহ্মণশিং য়াওনা য়াওনা মথোয়না ব্রাহ্মণশিংনা ধর্মগী লুচিংবা ওইনা লৈবদু পান্নমদে অমসুং মদু লৌথোরবা হোৎনবনা মথোয়গী মপুং ওইবা লাঞ্জং ওইরম্মী। অসিগুম্বা শীংনবগী রাথল অসিবু চিংনবা অমসুং থাজদবগী ( নাস্তিক ওইবগী ) মচু শঙথিবদগী করি করিগুম্বদা মথোয়ম্মা শাস্ত্র বিশ্বাসী ওইবা ধর্ম মতপুসু আক্রমন তৌরম্মী। অসিগুম্বা মতমগা চুনরম্বা মিৎয়েং ভারতচন্দ্র রায়গুম্বা শাস্ত্র বিশ্বাসী অমসুং মশাস্থ ব্রাহ্মন ওইবা অদুগা ফারসী নিংথিনা হৈরবা অমসুং মতমদুগী লেথকশিংগী মীহুৎ ওইনসু লৌবা য়ারবা লেখক অমদা লৈথিদবা নত্তে। ভারতচন্দ্রনা অসিগুম্বা চাউরবা মঙ্গল কাব্য অমথক ইরম্মী মদুদি মসিগী কাব্যগা লোইনা লোইননা মঙ্গল কাব্যগী থৃৎই পুম্নমক পুম্লোই লোইশিনহনথি। মাগী কলম্না দেবতাশিংগী চরিত্রশিং য়েন্নরনবা ফনা চেকশিন্না হোৎনরবসু অমসুং মহাক মশাদা কাব্যগী কলা কৌশল ফনা নিংথিনা লৈজরবসু মাগী হোৎনজমন মহৈদি ফাগী-ফারাং মাল্লম্মী। মসিগী মরমদি মমাঙগী কবিশিংদা লৈথিবা শ্রদ্ধা মঙোন্দা লৈরমদে। রামানন্দ যতীনা মাগী চণ্ডীমঙ্গলগী ( ১৭৬৬ ) রাহৌদোক্কী শরক্তা মুকুন্দরামনা চণ্ডী দেবীনা মাগী মাঙদা ফাওবীথি হায়থিবদু থাজদবদগী মদুগী রাহুবু শীংনহুনা ইথি। মহাক্না ইরম্বদু মথাদা অনুবাদ তৌহুনা পীরি :

চণ্ডীদেবীনা করিগুম্বা লেঙবীরকথিবা থোক্রবসু মদুগী রা কাব্যদা করিগী ইফম থোকপগে ? জ্ঞান য়াওদবশিংতনা অতম্না হায়গনি, চণ্ডীদেবীনা দর্শন পীবীথি লম্বী চৎপদা। অসিগুম্বা ওইদবা রাবু মাঙহন্নবা অমসুং মীবু বুদ্ধি তাহন্নবা রামানন্দ যতীনা ইজৈ কাব্যসি ময়াম্না তাকপীবদে। মসিগীদমক রারৌবিরোই কনানসু, য়াবিরবনি মসি ময়াম থৃাইনা।

রামানন্দ পণ্ডিত সন্ন্যাসী ওইরম্মী অমসুং মাগী শিস্য কয়ামকম লৈরম্মী। মহাক যোগ অমসুং তান্ত্রিক সাধনাগী মরমদা সংস্কৃততা টিকা তৌহুনা লাইরিক কয়ামক্ম ইরম্মী।

আধুনিকী হেক মমাঙগী কবি ভারতচন্দ্র রায় গুণাকারগী পুন্সি অমসুং পুন্সিগী মথৌদাংগী বারী ঐখোয় নিংথিনা থগই। মহাক খা রাঢ়াগী মচং চনবা ভুরশুটকী ব্রাহ্মন জমিদার অমগী ইমুংদা সাল ১৭১০ দা পোক্লম্মী। মতমতুগী চৎনবী মতুংইন্না অঙাং যাম্না ওইনা মযুম পাল্লম্মী। ইমুং মতুংগী ওইবা করিগুম্বা মরম অমদগী মহাক মহৈ-মশীং তম্বা লোইশিন্দ্রিবগীদা মযুম থাদোক্লুনা হুগলী তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা খুলং অমদা লাক্লম্মী অমসুং মফমতুদা সংস্কৃত অমসুং ফারসী তমদুনা মতম খরা লৈরম্মী। মহাকী ইহান হানবা বাংলাগী অতেনবা কবিতা (পাঁচালী) অনীথক সত্যনারায়ণগী মরমদা শৈথাদুনা ইথিবদু মফম অসিদা লৈরিবগীদনি (১৭৩৭)। মযুমদা হল্লক্লবা মতমদা বর্ধমান নিংথৌদগী শান্দুনা চারিবা মথোয়গী জমিদারিগী ফিভম কংচিল্লক্লবদু অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক মপানা হোৎনরিবদুদা মহাকস্ন মতেং পাংনবা হায়রম্মী। নিংথৌ কীর্তিচন্দ্রনা হেক নোঙ্গাথিবগা (১৭৪০) কবিগী মপানা চারিবা জমিদারি পীক্ষম থোকপা শেন্দোন পীথোরক্লবগীদমক নিংথৌগী দেরান্না ক্রোক তৌরম্মী। কীর্তিচন্দ্রগী লুখ্রাবী রানীদা হায়জনবগীদমক ভারতচন্দ্র বর্ধমান্দা লাক্লম্মী। তৌইগুমসুং দেরানগী চক্রিদা মহাক থাঙবা ওন্নমদে। মহাক্না হায়জনীংবদু হায়দ্রিবগী মমাঙদা শেন্দোনবনি হায়দুনা মহাকপু ফাদুনা কৈশুমশঙদা থম্লম্মী। করিগুম্বা উপায় অমদগী কৈশুমশঙদগী লোন্না নাম্থোক্লরগা মহাক উরিষ্যারোমদা চংথিরম্মী। অহানবদা মহাক কটক্তা অদুদগী পুরীদা লাক্লুনা মফমদুদা মতম খরা লৈরগা বৈষ্ণব ধর্মদা চঙথিরম্মী। মফমদুদগী মহাক বৃন্দাবনলোমদা চৎলম্মী অদুবু লম্বীদা মাগী হূপী মরীগী শাগৈ ঙাই অমগা উন্নদুনা মকুবোক্কী মযুমদা মানা পুদুনা চৎলম্মী। মকুবোক্না মাবু মযুমলোমদা থারক্লম্মী। অরাৎ-অপা লৈতনা মহৌশাগুম পাল্লবা ইমুংগা নত্তবগা অদুগী মথক্তা মাঙ-তাক্লবগী মশক ওইরবা মচানি হায়দুনা মাবু হরাওনা ওক্লমদবগা মহাক মরাইবক য়েংঙ্গে হায়দুনা মযুম থাদোক্লুনা অমুক হন্না থোরক্লম্মী। ভারতচন্দ্র চন্দননগরদা লাক্লুনা ফরাসী লল্লোনবশিংগী থবক পুবা লুচিংবা অমগীদা থবক অমা ফংলম্মী। মাগী সাহিত্যিক গুণশিং অদু থগলকপদগী ব্রাহ্মন পণ্ডিতশিংগী অভিভাবক ওইবা কৃষ্ণনগরগী রাজা কৃষ্ণচন্দ্র রায়গী মফমদা মাবু পুশিনবীরম্মী। কৃষ্ণচন্দ্রনা মাবু হরাও করাও লৌশিনবিরম্মী অমসুং মঙোন্দা লম মচেৎ অমা পীবীরম্মী অমসুং হুগলী তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা মুলাজোড় হায়বা খুন অদুদা মযুম ইথোল পীদুনা লৈহল্লম্মী। কবিনা মফমদুদা অহল ওইরবা মপা অমসুং মমগী দেবতা পুরক্লম্মী। মফমদুদা লৈথিবদগী মহাক মাগী থাযনগী মুখ অদুগা মরী করিমত্তা লৈনখিদে। ভারতচন্দ্র মশাগী চহী নিঙ্কুনিপান অমকখা সাল ১৭৬০ দা নোঙ্গাথিরম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্রনা ঙাকপী-শেনবীরিডে মফুংসিদা ( শাল ১৭৫০ গী মমাঙগী মতম অমদা ) কবিনা সংস্কৃত লোন্দা ইবা নিবন্ধ অমদগী লৌথোক্লুনা তুংশি-তুংওনগী মতৌবু ফোঙদোকপদা শিজিন্নবা অলঙ্কার শাস্ত্রগী লাইরিক "রসমঞ্জরী" লেংলম্মী অমসুং মিগী মতুংদা মাগী চাউরবা লাইরিক "অন্নদামঙ্গল" নত্রগা "অন্নপূর্ণামঙ্গল" ( অচা-অথক পীনবীবী লাইরেম্বী নত্রগা ঙাহো'-চাকহোংহনবী লাইরেম্বীগী মঙণবু শৈরাংবা ) কাব্য শাল ১৭৫৩ দা পুম্নোই লোইশিন্দুনা ইরম্মী। "অন্নদামঙ্গল" তোঙান তোঙানবা লাইরিক অহুম্না তিনবা লাইরিক্তি, মথোয়দুদি, আনন্দমঙ্গল মপুং ( হায়বসিদা শিব-পার্বতিগী থায়নদগী চৎনরক্লবা ৱারীসিদা কবিনা ইবা চৱা হেল্লবা শিবদা অচা-অথক পীজদুনা পার্বতিনা অচা-অথক পীবিহৈবী লাইরেম্বী ওইখিবগী ৱারী মতাং হাপচিন্দুনা ইবা ), বিদ্যাসুন্দর ( তুংশি-তুংওনগী ৱারী ) অমসুং মানসিংহ ( জাহাঙ্গীর অমসুং যশোরগী প্রতাপাদিত্য অনীগী ঐতিহাসিক ওইবা লানগী ৱারী ) অহুমসিনি। অহানবগীসিনা কবিগী অভিভাবক কৃষ্ণচন্দ্রনা অন্নপূর্ণাদেবীগী মূর্তি লাপ্তুনা পূজা তৌবা হৌদোকখিবদুবু শোগত্তুনা কবিনা ইবনি। অনীশুবগীসিনা হুগলীগী তোর্বান্দা তাবা শহরশিংদা লৈবা ইনাক-কৈরাক খুনবা কাওবুনা পাম্নরবা কবিতাশিংগী বিষয়বস্তু ওইরিবা তুংশি তুংওনগী ৱারীনি। অহুমশুবদনা কৃষ্ণচন্দ্রগী বংশগী অহানবা হৌদোক্লকপা পুকোক অদুগী মতিক-মঙানবু থ্বাইদা থঙহন্নবগীদমক ইবনি। শিব-পার্বতিগী ৱারী মপুংফানা মহাক্না ইখিবসিগী ভারতচন্দ্র রামেশ্বর ভট্টাচার্যগী মফমদা চাউরবা লমন তোল্লে। রামেশ্বরসু থা থংবা রাঢাদা লৈরম্মী, মরম অসিনা মাগী কবিতাশিং ভারতচন্দ্র নিংথিনা থঙফম থোকই।

ভারতচন্দ্রগী বিদ্যা অমসুং সুন্দরগী ৱারী মাগী হোৎনজমনগী থ্বাইদগী চঙথোলবা মহৈনি। মাগী মমাঙদা ৱারীশিংবু ইখিবা কবি কয়ামরুম লৈরম্মী, মথোয়দুদি, চট্টগ্রামদা লৈবা মুসলমান কবি অমা অমসুং হিন্দু কবি অমগা ( ১ ) অদুগা মথোয়গী শিন্না অহুম মরী ( ২ ) অসিনি, তৌইশুবসুং ভারতচন্দ্রগীসিনা পুন্নমক অসিনা ইরবশিংদগী পুমহেন হেল্লম্মী। শতাব্দী অমরোম চুপ্না ভারতচন্দ্রগী বিদ্যাসুন্দরনা

(১) অহানবগীসি ( শাহা বীরিদখান ) ১৭ শুবা শতাব্দীগীনা ( গোবিন্দদাস ) ১৮ শুবা শতাব্দীগীনি

(২) মথোয়সিগী মনুং চনবদি কলকাতাগী রাধাকান্ত মিশ্র ( ১৭৬৭ ), রামপ্রসাদ সেন কবিরঞ্জন, নিধিরাম চক্রবর্তী, কবিচন্দ্র অমসুং মধুসূদন চক্রবর্তী, কবীন্দ্র ( ১৮৪২ ) মথোয়সিনি

কলকাতা মায়ৈকেগী কবি কল্পনাবু থুমহৎখিরম্বী। ভরামাপনভুবা শতাব্দীগী চহী হুম্ফু ভানশিল্লবা অমসুং লাইরিক-লাইও হৈরবা বাঙালীশিংনা ইংরেজী সাহিত্যবু নিংখিনা খঙলক্লবা মতম ফাওবদা ভারতচন্দ্র বাংলাগী খ্বাইদগী অথোইবা কবিনি হায়না খ্বাইনা ইকাই খুম্নরম্বী। ভরামাপনভুবা শতাব্দীগী অচানবা তঙ্খায়গী মহৎদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখিবা সাহিত্যগী লাইরিকশিং অয়াবা ভারতচন্দ্রগী কাব্যগী মথং মথং পুথোক্লকপা সংস্করণ মরুমনি (মময়া লুপা অমদগী অনা অমা ফাওবা পীরগ্নী) অমসুং কাব্যশিগী মখং-মতৌ তমদুনা ইবনা অরাম্বনি।

বিদ্যা অমসুং সুন্দরগী শন্নঃ রারী মথাগীসিনি :

বিদ্যা নিংথৌ বীরসিংহগী নাইতোম পোকপী, শক্কা গুণদা মপা নৈত্রবী মচান্নপীনি। শাস্ত্রবিচারদা মহাকপু মায়খিবা পীবা ওঙা লুপাদুতদা লুহোংগনি হায়না বিদ্যা মশানা রাশক্লম্বী। নিংথৌ গুণসিন্ধুগী অমত্তা পোকপা মচা সুন্দরনা নিংথৌ মচানুপীসিবু মাগী ওইনা লোগে থন্দুনা মফমদুদা লাক্লম্বী। বিদ্যাগী মালিনী হীরাগী য়ুমদা মাগী লৈফম ওইরম্বী। মালিনীসিনা অনীসিগী হঙৎহন্না পাউ পুবী ওইদুনা মথোর অনী পাউ ফাওনহল্লম্বী। কালী (৩) দেবীগী থৌজাল্লা সুন্দরনা মানা লৈরিবা য়ুম অদুগী বিদ্যানা লৈরিবা কোমংগী য়ুমদু য়োবা লৈমুংদা হুত্তুনা লপ্পী অমা শেল্লম্বী। হুংশিনরবা অনীদু হুমিদাং হুমিদাংদা উন্নরম্বী অমসুং বিদ্যা থোইজিখাদা মিতজল্লম্বী। বিদ্যাগী মপা মমানা রাসি খঙলক্লবদা মচানুপীবু য়াম্না শাউরম্বী অগসুং নিংথৌনা মচাগী হুংশিনরিবা শকথঙদবা মপাদুবু ফানবা শেম-শারগী। নিংথৌগী মীফা-মীপুন তৌবগী লুচিংবা অদুগী পাইরকী লৌশিংনা সুন্দর ফাবা ঙম্নম্বী অমসুং বিচার তৌরবগী তুংদা সুন্দরবু প্রান-দণ্ড পীরম্বী। শঙলীংখগী মফম তাম্না পুরকপদা সুন্দরনা দেবী কালীগী মফমদা সংস্কৃত্তা শ্লোক পরেং পরেং থিদুনা থৌজানবীনবা থুরুমজরম্বী। অদুম তৌবদগী মহাকপু নিংথৌগী মচানি হায়না খঙবা হুপা অমা লখীদুদা লাক্লম্বী। মাগী অচুবা মশক তাক্লবদা সুন্দর থাদোক্লম্বী অমসুং নিংথৌ মচাঙ্গী লুহোংদুনা মজোন্দা পীরম্বী। সিগী তুংদা সুন্দর মচানুপা অমা মংজরম্বী। মতম খরা লৈরগা মাগী হুপী অমসুং মচা পুদুনা সুন্দর মমুঙ্গা হল্লক্লম্বী।

"মানসিংহ" কাব্যগী শরুক্তা মরুক মরুক্তা ফারসী অমসুং হিন্দীগী রাহৈ-রাতাশিং অমসুং লোন মপাগী হৌনবী পদ্ধতিনচিংবা হাপচিন্দুনা ইরম্বী। মসিগী থুংইসি মহাক্না

(৩) কালী-অহিং লোংগ্নাইবী দেবীনি, মরম অঙ্গিদা হুবিদাং খঙবা হরান চিঙ্খি তৌবশিংগী ভাকপী শেনবীরিবী দেবীনি

হৌজোক্লবনি হায়না থাজনরবস্থ মত্নমক্তি নৎলময়ে কয়িনা হায়বব্ ভারতচন্দ্রগা লৈমক্ত তিরবা মুসলমান লেখকশিংনা খুৎইসিদা ইনরবা অমসুং মতুংগী লোয়োক্লকপনি। ভারতচন্দ্র অসিগুম্বা খুৎইগী কবিতাশিং থওনবী অমসুং ফারসী, হিন্দী অমসুং উরিয়াদু ফজনা হৈরম্মী। মাগী অন্নপূর্ণবা কাব্য অমমসিগী মতুংদা কাব্য অমীদা বাংলা লোম্বা ওক্কা ইবদুগা মাল্লদনা মোগল দরবার অমসুং মোগল শাসন্না বিষয়বস্তু ওইবা কাব্য অসিগী মতাং মতাং চাবদা খুৎইসিগী রীতি শিজিন্নবসি থোইদোক্না ওরিংঙাই ওইদে; মসিগী খুৎইসিবু হিন্দুস্থানী রীতি হায়নস্থ থওনৈ, (মতমদুগী ইউরোপী কাওনা হিন্দীবু মুরশিংগী লোন কৌরম্মী।)

ভারতচন্দ্রগী কাব্য অহুম্না পূনবা কাব্যসিদা ঈশৈ কয়াম রুম য়াওই। ঈশৈশিংসিগী বিষয়বস্তু অমসুং মতুংগী ভাব বৈষ্ণবরীতি কবিতাগা মান্নে তৌইওরসুং শাগৎলকপগী মওং অমসুং স্বরদি থেন্নে। ঈশৈশিং অসিনা ভারতচন্দ্র কবি অম্না ওইবগী পীথোক্লকপা মগুণবু তাকই। মথাদা অনুবাদ তৌদুনা পীরিবসি মসিগী খুদম অমনি :

লৈওমদরে ঐ য়ুমদা। ওমচারুরে ঐগী থম্মোয়। কোকিল খোক্লেল ভাবদা ঐ ফুল্লক্লে। উন্নগনি ঐহাক নিংথৌগী মচা চুংশিজবা শ্যামগা, কৎথোক্লনি ঐগী হকচাং মাগী মথোঙ থম্বালদা। অসুম্না থম্নবদা ভারতকী থম্মোয থুমহৎলে অহুভুক্তিনা। থম্মোয়চুংগী রা থওদবা লৈতে কনা, চান্নজবী হূপীমচা মশেন শান্নে সিঙ্খী রারী। কয়বা হূপীনা কৎথোক্কনা মসিবু ওমগদগে থাওবা অমুপ রানা? সমাজগী চৎনবী ইমুংগী ইজ্জৎ মাওগে মাওজসমু। করি কাইন্নে মহুনা? মাদনি লাইবক মবা ভারজা, শ্যামনা চুংশিবিবদো?

অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদগী যেংলবস্থু কবি অসি মাগী মতমগী ভাব ধারনাগা খোঙমান্নানা চৎলম্মী হায়বা যাই। শতাব্দীগী মাঙজোনবা মতমদগী নক্রবস্থ হেক হৌগৎলকপগী অতুদগী হৌনা ইচম চম্না ইরম্বা লেখকশিংনা মতমদুগী চৎনবী বিষয়শিংদা (সাধারণ ওইনা নোক্লনবগী ইবা বিরয়দা) মপুন্নিং চঙনরম্মী। ভারতচন্দ্র অবাংবা থাক্কী (থায়নগী পরম্পরাগী চৎনবী ওক্কনা ইবা) কাব্য সাহিত্যদদি চন্নরবা অহুগা চৎনদুনদি লৈরিবা কাব্যগী বিষয়বস্তুবু থওদবা নৎলমদে। মরম অসিদগী মহাক্না ঋতুগী, মালং-চুংশিংকী, অপাম মিহোবগী, কৃষ্ণনা নাক্কা রাধা, রাধাগী নাক্কা কৃষ্ণ, বেজি (শতুংওম্বা শা-মচা) চিরোন হৈবা মী অসিনচিংবা বিষয়না মরমদা ফাগিগী মওংদা অতেন অতেনবা শৈরেংশিং (পরেং অনী নক্রগা মরীনা) ইরম্মী। অসিগুম্বা মথলগী কবিতা অমা হিন্দীদা ইরম্মী অদুগা অতোপ্পা অমনা সংস্কৃত, বাংলা ফারসী অমসুং হিন্দী মরীসি য়ানশিন্নদুনা ইরম্মী। ভারতচন্দ্র সংস্কৃতস্থ শৈরেং ইবা ওম্মী, মহুগী

খুল্লম "নাগাষ্টক" ( নাগগী মরমদা পঙথৈ নিপান্দা ইবা শৈরেং ) হায়রবতুনি। বর্ধমান নিংথৌগী নায়েব রামদেব নাগ হায়রবা অমনা কবিবু কৃষ্ণচন্দ্রনা মঙোন্দা পীরবা লমদগী ভাম্বোক্লবা তৌরম্লবদা কবিনা মাগী অভিভাবকী মফমদা হায়জবা ওইনা মসিগী কবিতাসি পংথৈ নিপান্দা ইথিবনি। শৈরেং অসিদা কবিনা 'নাগ' অমসুং 'কৃষ্ণ' হায়বা ব্রাহৈ অনীসি য়াম্না হৈশিংনা মফম চানা হাপ্তুনা শিজিন্নৈ। যমুনাগী ঈশিংবু কালি কৌবা লাইরেম্না মহু চেলহল্লবদা ব্রজগী মীয়াম্না শ্রীকৃষ্ণদা হায়জখিবগুম কবিনা কৃষ্ণ ( চন্দ্র ) দা ( রামদেব ) নাগনা মাবু নৈরিবা অতুদগী কনবিনবা হায়জরি।

থায়নদগী চৎনরকপী রীতি ঙাক্না ভারতচন্দ্রনা সংস্কৃত লোন্দা বাংলা লোনগী ঈশৈ হাপচিন্দুনা নাটক অমা ইবা হৌগৎলম্মী। ইরিবা মতাংনা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী চণ্ডী-দেবীনা ইরোই হিংচাববু হাৎপগী রারীতুনি তৌইগুম্বসুং প্রস্তাবনাগী শরুক ফাওবদং ইরম্লগা কবি নোক্নাখিরম্মী।

কলকাতাদগী মাইল কুনমঙারোম লাপ্পা হুগলী তুরেলগী তোরৈ মথক্রোমদা তাবা কুমারহট্ট কৌবা ভারতচন্দ্রগী মযুম মুলাজোরদগী পংলাপ লাপ্তবা মফমতুদা রামপ্রসাদ সেন কবিরঞ্জনগী মযুম্নি। মহাক্কী "বিদ্যাসুন্দর" শতাব্দীতুগী চহী হুম্ফু নপ্রগা হুম্ফুতরা চল্লকপা মতম অতুরাইদা ইরম্বনি। মসিদা ভারতচন্দ্রগী প্রভাব চঙলিবতু ফজনা উবা ফংই। রচনা শৈলীদা অমসুং চরিত্র শেম্বদা মহাক মমাঙগী কবিশিংদগী থরা শোৎথবগুম তোই তৌইগুম্বসুং কবি কল্পনাদদি মখোয়দগী হেল্লি হায়বদা করিস্ত চিংনরিংঙাই লৈতে। রামপ্রসাদনা নোক্লনবা ইবা শরুক্তা থোইদোক-হেন্দোম্না য়াৎনিংদবা কয়া য়াওদে। মহাক্কী লাইরিকশিংগী মরুংদা "কালী-কীর্তন" অমসুং ইবা লোইরমদনা থম্লবা "কৃষ্ণ কীর্তন" পনবা য়াই। অরিবা কীর্তনগী মওংদগী শেমগৎলকপা অনৌবা পাঁচালী কাব্যগী মওংদা মথক্কী কাব্য অনীসি ইরম্মী।

রামপ্রসাদকী মমিং থাবা দেবী দুর্গাবু খুরুমজবগী ঈশৈ কয়ামক্রম ফংই। ইচম চম্বা অমসুং ভক্তি ভাবনা মপুং ওইরবা ঈশৈশিং অসি সন্ন্যাসীনি হায়না ইকাই-লেংহন্নরবা কবি অসিনা ইরম্বনি হায়না থাইনা লৌনৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয় অসিদা য়াওরিবা সুরগী মাধুর্য্য অমসুং শৈদা য়েংলুরগদি মখোয় অসি কলকাতাদা লৈরম্বা "কবি" ঈশৈ লেংবনি হায়না ফাওথিবা অতোপ্পা রামপ্রসাদ ( ব্রাহ্মণ ) হায়বতুনা ইরম্বা ওইবম্ব য়াই। মসিগী রামপ্রসাদ অহানবগী রামপ্রসাদতগী ( মহাক বৈদ্যনি ) কুমপোক অমতগী মীঙাক ওইরবসু চহীদা নহা ওইরম্মী। ঈশৈশিং অসিদা লমহেন থোইরবা অঙাং অমনা মানা লঙজখিবা মরানগীদমক নীংঙম্লকবা রাভাংদা দেবী ইমাগী মফমদা ভাকপীদ্র হায়না ভক্তি তৌজবনি। অসি নত্তবা থোইদোক্লপমা য়াওদে।

সমালোচকশিংনা ঊশৈশিংসিমু যাম্না থাগৎনখিবগী মরুওইবা মরমদি য়াওরিবা ভক্তিগী আবেদন অমসুং বৈষ্ণব পদাবলীবুতা পুন্নিং থিংজিন্নখিবা অদুবু য়ানিংদবা অসিদগীনি, ঊশৈশিং অসিদা খন্ননিংঙাই ওইবা ৱাখল চঙবা য়াওবগী নত্রগা অনৌবা ম্রওদা ফোংদোকই হায়বনচিংবগী নত্তে। ঊশৈশিংসি তাক্রবশিংদা য়ুম্বান পুন্সিনা চেৎনা পুবা মতৌ অমসুং ঈশ্বর ভক্তি অনীসিগী অপূনবা ভাব-রসনা মথোয়গী থম্মোয়দা ফাওহনখি, মরমসিনা মথোগবু থোইনা হেন্না তানীংবমা পোকহল্লি। ভক্ত কবি অসিগী মিৎযেং মাগী খ্বাইদগী ফজরবা ঊশৈ অমা মথাদা অহুবাদ তৌখিবা অসিনা ময়েক শেংনা তাকই :

হে ঐগী থম্মোয় খঙদবেদো নওদি,
করিনো হাযবা লৌমা 'মগী খুৎত।
লৈহাও কারবা লৌবুন্নি নঙগী
হকচাং কাযাৎ, 'দুবু তাহল্লেদো নঙনা
মদুবু কংলবা লমগং, ফজনা খোইরবা
মসিবু থোক্লমগনি সনা ফাও।
থিংউ শম্বল মসিগী কালীগী মিথ্যৈ
লৌরগা মাওলোই করিমত্তা থাখিবা
মহৈ-মবোং মসিদা কল্লবা শম্বন্নি
থাগ্রবা শমদোন্না কালীগী ভম্মোই
চঙবা মসিদা। অশিবমগা। খঙদরা,
নঙ মৎথিনি লমসি কৈদোউৈ ভসি খঙদে,
খঙদে চহী চাম্ম লৈরগরা ?
লৈবনি মসি বন্ধক্তা। অতুনা হে
ঐগী থম্মোয়। থোইজো লৌবুকসে,
লোকহো মরুদু মন্দুনা অয়োইবা
পান্দোফাও। হুব্ মরুদু, চিশিল্লু
ঊশিংবু গুরুনা পীবীবা ঊথৈদৈ।
নদোম পাওবা ওমদ্রবা থবকসিবু
নঙনা, লৌবীয়ু মতেং রামপ্রসাদকী।

ধর্মগী কবিতাশিংদা ধর্মগী কান্নগদোবা মরম অমসুং শাস্ত্রসিদ্ধ ওইবা পদ্ধতিশিংগী রা অসুম অসুম ময়েং তাথরকপদগী সাহিত্যগী পামজবা পান্দমকম মতমগা চুনজরবা

রায়ী ওইনা ইবা কবিতা অমসুং বৈষ্ণবশিংগী গীতি কবিতাশিংবু লাম্বোক্তনা য়েংবা হৌরকখি। কবিতাগা ঈশৈগা মহৈ মহৈ তোঙান তান্নরকখি। তৌবগীদি মসিগী মিৎয়েং অমসুং রাথল থৌনবু থৌনমল্লবনি। অতুমকপু অসুমনা থায়দোক-নরকপসি মথং শতাব্দীগী মযায় চন্নক্ত্রিবৈঙে ছাপাখানা লিংথৎনরক্তনা লাইরিক পাবা কাঙবুনা কবিতাশিং মমল হোংনা ফংনদ্রিবৈঙে॥ অমসুং ইংরেজ শিক্ষানা সাহিত্যবু অচুম্বা মওংদা থঙহন্নবগী লম্বী যাৎত্রিবৈঙেগী মতম ফাওবদদি থবক ওইনা পাঙথোকলমদে। তৌহগুম্বসুং অসুমনা পামনরকপা রাথল অসি তরানিপানন্তবা শতাব্দীগী ময়ায় চন্নকপা মতমদদি য়াম্না মপাঙ্গল কনথৎলকখি। মসিগী মহৈনা মায়কৈ অমদা ঙংশি-ঙুংওনগী অতেনবা শৈরেংশিং নত্রগা ঐতিহাসিক অমসুং মতমগী ওইবা রাফমবু ইবা শৈরেং অতুগা অতোপ্পা অমরোমদনা অতেনবা ইচন চন্নবা য়াবা (রাধা অমসুং কৃষ্ণ। মরমদা অপান্নবা ইবা নত্তবা) ঙংশি-ঙুংওনগী ঈশৈশিং খোকলকপা ঐখোয়না থেংনৈ। অতুমকপু অনিবগী মওংগা অনৌবা চৎনরকপসিগা অনাসি তাহশিন্নবা কন্না হোৎনরমী। মসিগী লেঙদ্রবা প্রমান হায়ববু তরানিপান-ন্তবা শতাব্দীগী লোইশিন্নকপা অতরাহদা পুখোকলকখিবা "কবি" অমসুং "পাঁচালী"-শিংদা ইরিবা কবিতারীতিশিং অসিদা ফংই। হাযরিবা কবি অমসুং অনৌবা পাঁচালী খুৎইগী কবিতাশিংনা কলকাতা অমসুং মনাক্তা তারিবা লমদমশিংদা শতাব্দী তম্পায অমরোমদি পাকশন্না অমসং মপুং ওইনা চৎনখিরম্মী অমসুং সাহিত্যগী ওইবা পোৎথোক পুন্নমকপু নমহৎখিগদ্র। হায়বা ফাওবা থুক্কৎনবা পোকনখি। তৌইগুম্বসুং কবি কবিতাগা লৈবাক মচা তাদবা অমসুং রাথল য়াওদবা কল্পনা অমসুং মথরায়দি শুদবা য়াম্নদি শব্দোকনা ইবা ঈশৈ শৈদানা কবিতা মশা পোক-লকপদগী হৌনা মতোমতা শিক্রম নাক্রম তৌরম্মী। অনৌবা পাঁচালী কাব্য তরামাপনন্তবা শতাব্দীগী লোইশিন্নকপা মতমদা থোকলকখিবা "নাটক" অমসুং নাটক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা হৌরকখিবা "যাত্রা" না নমহৎখিদ্রিবা ফাওবা চৎনদুনা লৈখিরম্মী।

মতমতুদা চৎনরক্লবা শৈরেং ওইনা ইবা রারীশিংনা মথোয মশাদা পরম্পরাগী চৎনরকপা ওইনা যাওরক্লবা আধ্যাত্মিক্কী মতৌদা ইবা খুৎই খুদক্তা হেক থাদোকপা ঙমলম্দে। মরম অসিনা বিক্রমাদিত্য ভোজগী রারী পরেং অমসুং অতৈ অতৈ ফুঙ্গা রারীশিংদগী লোথোকপা রারীশিংবু ফত্তবা আগমা (১) ওইনা লৌনরম্মী নত্রগা সত্যপীর, কালী, দুর্গা, সরস্বতীনচিংবা দেব দেবীশিংগী মরমদা ইবা "মঙ্গল"

(১) মসি তান্ত্রিক রারীনি শিবনা পার্বতীদা রারী শারগী মওংদা ইবনি

কাব্যগী মতমদা ইনরম্মী। অতুগা অমুকসু স্বপ্নগী তুংশি-তুংওনগীতা ওইবা রারী করিগুম্বা মথলগী ধর্মগা মরী লৈনবা রাথোক-থোদোক য়াওদবা রারী কয়ামসু লৈরম্মী। রারীশিং অসিগী বিষয় নোংপোক লমদমশিং মশা॥ লৈজরম্বা অপুনবা পুক্কোরগী লোথোকপশিংনা ওইরম্মী। খুদমদি, আসাম অমসুং নোংচুপ বিহারদা য়াম্না কম্না চৎনরম্বা শ॰ককী "দামিনী চরিত্র" কোবা (তরানিপানগুৱা শতাব্দীগী অথেঙবা মতমগী খুৎনা ইবা লাইরিক অমদা য়াওরম্বা) রারী অসিনি। অসিগুম্বা মথলগী শৈরেং ইবা থোইদোকনা শীংথানবা য়াবা লেখকশিং মুসলমান ওাওনি। শরুফা হায়বা মিংসিনা "স্বরূপ" কী লোইম্বু॰ৎলমদ্রবদি মশানা মুসলমানগী মিং ওইরম থোকলে। "চন্দ্রমুখী" (১) রারী ইরম্বা খলিল মুসলমান্নি। থায়না মওং-মতৌদা লীনখিবা অমসুং শরখিবা অসিগুম্বা রারীগী শৈরেং অরাং নোংপোক বাংলাদা মীযামনা পামনা ইকুই কুইখিদ্রিবা মতমফাও চৎনতুনা লৈরম্মী। খলিলগী রারী শৈরেং খ্বাইদগী পুমহেন হেনবা অমসুং অতৈ অমগা যানশিন্নদ্রবা অসিগুম্বা মথলগী খুৎইনি।

ঐতিহাসিক কবিতাশিংগী মরুংদা খ্বাইদগী মমিং চৎপদি (সাহিত্যগী মচাক ওইনদি পংক ফবা নত্রবসু) গঙ্গারাম (দত্ত?) গী মহারাষ্ট্র পুরাননি। মমিং অসিনা লাইরিক অসি অচৌবা ওইনা উহ্নবয় মসিদা যাওরিবদি পরেং চনী য়োফাত্তবা কবিতা মচা অমত্তনি। মসিদা মারাঠী লুচিংবা ভাস্কর পণ্ডিতনা নোংচুপ বঙ্গদা যাম্না শাথিনা লান্দারকপদ॥ হোরগা মশা শিবদা লোইশিনবা রারী ইবি। লেখক মশামক মতমতুদা লৈরম্মী অমসুং লান অদু মমিংৎমকনা উরম্বফাও য়াই। ঐতিহাসিক প্রমান চে অমা ওইনা গঙ্গারামগী কবিতা মমল যাম্মী।

অৰৈ অতোপ্পা ঐতিহাসিক কবিতাশিং নৈনরিবা শতাব্দীসিগী মমৈগী শরুক্তা নত্রগা তাইনবা শতাব্দীসিগী মমৈ। শরক্তা নত্রগা তাইনবা শতাব্দীগী হৌগৎ-লকপগী মতমদা ইরম্বমক্তনি। মথোয়সি লমদম মশাতুদা থোকপা ঘটনাশিং অমসুং মতমতুগী থম্ন-নৈনরিবা রাফমশিংনা বিষয়বস্তু ওইতুনা ইবা মীযামনা পামবা অচম্বা ঈশৈনি অতুগা খুরক ঈশৈশিংগী মরুং চনি। শাস্ত্রবু থাজদবা অমসুং চবৌ চবৌ ইবা খুৎইগী শৈরেংশিংগী নমুনা ওইরবা হায়রিবা কবিতাশিংসি পাবদা অদুম মরুংঙাই। খুদম ওইনা 'লম্বীগী ঈশৈ" কৌবা রাধামোহন্না ইবা কবিতা অতুনি। মসিদা সলকিয়াদগী চন্দননগড তাবা নোংচুপ পাংনা লৈপ্লিবা অচৌবা

(১) শ্রীহট্টগী নাগরী ময়েক্তা ১৮৭৭ তা ফোঙখিবা

লখী শেষদা ৱারেন হেষ্টিংসকী হুকুমনা ফাডুনা শিজিন্নখিবা শিনমীশিংগী অৱাবগী মুৎ অমা ফজনা য়েকলি। মতুংগী পরেং খরদং অহুবাদ তৌডুনা মথাদা পীরি :

হন্দোকলমলগা লাক্কল লৌবুক্তা চেনখৎ থাপনা লৌমীশিং। লাকলে মী চাঙ্গ চাঙ্গ ফাননবা শিনমী নমতুনা থবক শুহল্লবা। চৈত্র কৌবা থাজদা ভক্ত কাবা (১) মীদোনা লঙদে মথোয় হৌন লোনচৎ, শিজিন্নৈ ফাডুনা খেঙনবমথৈ, ভাখি-ভাওই লাক্লবী, খুদোং চাবে তুংইন্না ফু-চৈডুনা মথোযবু শুহল্লি থবক লখীদা। মখুত্তা লীচৈ পায়, ফুই য়েং ওই হাইডুনা লিগী কিবমক্তনা শুন্নি থবক শিনমীশিং পুনত্রে হেক তুবমথৈ। শিনমীশিংদা মথোযনা পীদে চান থক্লবা, পোংথাবস্ত্র কংহন্দে হুমিৎ মনুম চঙত্রিডৈ, ছুটি মতুম ওইত্রিডৈ। য়েংপাক নমদা থোং খুত্তা থুমোক পান্ন চংলি শিনমীশিং রানা চংলি মথোয পোথাকুগে হায়ডুনা। যাচংলকপা মতম তন্না চয়োম য়েল্লকডৈ মখুম-মরাং হৌরকই, অরাম-খৌরাং মৈচাকনা থাংজমদনা চাকপদা শোলি মিথৈ ঈশ্বরগী, খোল্লেল হৌনা মথোয়না। খোল্লাউতু তাবদা চাক য়েনবা মুহোরী লাকই মথোয মবক্তা মাগী মত্তেং পাংব'ডুগা য়েরি চাক্নবু। চন্না শরুক হন্দোকনৈ মহৈ-মহৈ তরা চাক্তু চানবা। চাক্তু চাবা লোইরগা চেন্নে পুন্নি তমতুনা লাইজ ঈথৌ কোক্লবা। খৌরাং মৈচাক কোন্নবা তিংথোকনৈ শাঙ্গাং লৈমায উফুনথক্তুদা। কক্চেং-খোইযানা চিকপনে পুকনীংনগা লাঙবনে য়াওফমবু খঙদনা তোয়না তোয়না য়াওল্লি।

অরাং বঙ্গগী খুঙ্গংগী লেখক অমনা ইরম্বা অসিগুম্বা মথলগী মীযাম্না পান্নবা অচম্বা ঈশৈ অমগা পনবদা মতিক চাই। জেলগী ইংরেজ কলেক্টর গুডলাভনা কৈ হাগনা থাঙ্গৎ-লকপদগী রঙ্গপুরগী জমিদারনা মীওই অমথক মাগী দেৱান হাপলম্মী; মহাকপু লৌমী প্রজাশিংনা পান্নমদে, মথোয়না পাম্বা মীশক্তি রাম বল্লভ রায়বুনি। লৌমীশিং মরাম লাক্তুনা কলেক্টরদা মহাকপু ফমদুদা হাপলিবত্ন ককথংপীনবা হায়জন্নমী। মসিদা কলেক্টর তৌফম খঙলমদে। মহাকনা মাম্নী দেৱানগা করম তৌসিংগে তান্নরম্মী। লেখক কৃষ্ণ হরি দাসনা ইরমতু মথাদা পীরি :

দেৱান্না পাউখুম পীরকই : লৌমী প্রজাশিংনা তৌনিংবতা তৌবা ওম্মী : থাজংপা ওম্মী মথোয় মী অমবু স্বর্গ পকনা, মী অমবুনা থাদবা ওম্মী পাতাল য়োনা। লমগী মমল কাহল্লিবা লৌমী প্রজাননি; নহাক্তা উন্নিবা সনাগী খুজি মী খুজিংনা শিন্নিবা লৈবনি পৈশানা লৌমী প্রজাগী।

---

(১) ধর্ম নত্রগা শিবগীদমক পাঙথোকপা "গজন" গীদমক ভক্তশিং নমতুনা কাবগী

মহাক্কা কৈ হায়না থল্লুবা মী অমুক ককথত্তুনা কলেক্টরনা লৌমী প্রজাদা থল্লকপা রাজবল্লভ রায়বু দেৱান হাপলম্মী।

তরাতরেৎশুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপা মতমদা বৈষ্ণব কবিতা রায়া থুনা মরাই চায়থখিরম্মী। অতূম ওইনমক কাব্যরীতিসিবু থ্বাইনা অতূম য়ানরম্মী মরম্দি মসিগী ঊশৈ শৈদাগী মপাঙ্গল করিমত্তা হন্থরমদে অমসুং মাগী ওইরকপা য়াবা আশা পুম্মাও মাঙলমদে। তৌইশুবসুং মসিনা কীর্তন পদাবলীনা মথংগী শতাব্দীদা ইতুক তুকথনা লৈখিবত্নবু কোকহনবা ঙমলমদে। বৈষ্ণব পদাবলীগী অককনবা বিষয়গী ঊশৈ অস্থম অস্থম মমি শামলকই অমসুং মসিগী মহৈনা মীয়ামনা পায়বা তরানিপানশুবা শতাব্দীগী গীতি কবিতাশিংদা (থোইদোকনা ঊশৈশিংদা) রাধা কৃষ্ণগী মুংশি-মুংওনগী রা পংয়াও য়াওখিয়ে। অসিগুম্বা ঊশৈশিংদা কৃষ্ণ অমসুং রাধাগী রা পুময়াও য়াওখিদবা নত্তে হায়না কনাগুম্বনা হায়রিবসিমু অচুম্বা য়ানিদি হায়রবু মতুদা য়াওরিবা মিংশিং অদু তাইবংপানগী মুংশিনরবা কনাগুম্বা মীশিংগী অতোপ্পা মমিংশিং শিজিন্নবা ওইনা তৌই (হায়বদি রাধা কৃষ্ণগী আধ্যাত্মিক ভাব য়াওবা মিজৌদু নত্রে)। ইরিবা লোন, রাহৈ-রাত্তা কা হেন্না হাপচিল্লবসু, মনীং-মথা তমনা অমসুং লাইনা শিজিন্নরকলে অমসুং কবিতাগী পরেংশিং মশীং য়ামজরবসু ছন্দদি অমত্তা ওইরকলে। তরামাপনশুবা শতাব্দী হৌগৎ-লকপা মতমদদি গীতি কবিতাশিংগী পরেংগী মশীং হন্থরকলে, চাংচত্তা থ্বাইদগী তেনবনা পরেং মরী, থ্বাইদগী শাংবনা পরেং ি পান্দগী পংহেন হেনখিয়ে। শতাব্দীচুংগা কবি ভারতচন্দ্র অসিগুম্বা অনৌবা কবিতাসিগী মমল নিংথিনা থগলম্মী অমসুং মাগী কাব্য অহুমনা পূনশিল্লবা কাব্যদা অসিগুম্বা মথলগী ঊশৈ য়াথৈদগী হেন্না য়াওরম্মী অমসুং মতুগী মতুংদা মাগী থ্বাইদগী ফজরবা পদশিং থরমু য়াওরম্মী।

বৈষ্ণব গীতি কবিতা অমসুং ঊশৈবু অনৌবা কাব্য রীতিসিদা ইরম্বা তরা-নিপানশুবা শতাব্দীগী থ্বাইদগী অহানবা কবিশিংদি লালচন্দ্র অমসুং নন্দলাল অনীসিনা ওইরম্বা য়াই, কবি ঊশৈ শকপশিংগী (১) মতুংদা থ্বাইদগী লিরবা মীশক পোকমিন্নবা মচিন-মনাউনি হায়না থ্বাইনা থাজনৈ। মথোয়গী ঊশৈ অয়াম্বা মথোয়'নী পুন্না ইমিন্নরম্মী অমসুং মমিংসু পূন্না য়াওরম্মী। তৌইশুবসুং মুংশি-মুংওনগী থ্বাইদগী ফজবা ঊশৈ ইবা লেথক্তি রামনিধি গুপ্ত, নিধুবাবু হায়নসু কৌবা ( ১৭৪২-১৮৩৯ )

(১) 'কবি' কবিতা ইবা অমসুং ঊশৈ ওইনা শকপশিংবু কবিয়ালা কৌই

কবিশিনি। 'আখড়াই' কৌবা ( অচাবা অর্থদা হরাও-তয়ামনবগী লেবা সংস্থানগী পুম্না কমিন্নবা বৈঠক খানাদা শরুবা ) শাস্ত্রীয় সঙ্গীত রীতি তথ্যাই অমা চত্তবা কবি ঈশৈগা লোয়নতুনা শকমিন্নবা অমসুং তরানিপানগুবা শতাব্দীদা কলকাতাদা কন্না চৎনখিবা ঈশৈ মথলসি হৌদোকপা মীশকশিংগী মসুংদা রাযনিধিসু অচৌবা থৌদাং পুখিবা মীশক অমনি। নিধু বাবুনা বাংলাদা 'টপ্পা' ( অতেনবা অমসুং অয়াংবা ) কৌবা হিন্দুস্থানীদগী লৌথোকপা ঈশৈ মথল অমসু হৌদোকলম্মী। মা॥ ঈশৈশিং পরেং মরিদগী হেন্দ্রে। পুন্নপ তাশিন্দুনা ইবা থুৎইসিনা মসুংগী ভাব ফোঙদোকপদা রাহৈ থজিক্কনা তৌবা য়াই অমসুং মসিনা ফোঙদোকখিবসুবু ংেন্না মকা কনহল্লি। মসিগী মওংদি :

চৎলিবসি য়েংউ ঐগী হুংশিজবনা থোঙথাং তপ্না থাং হন্না হন্না য়েং। করম হায়ন্নি নঙনা ঐবু হল্লো হায়না য়ুমদা? থম্মোয়সুংদা ঐগী লৈবখনি মহাক ওইরে মাবু হৌজিক্কি মপান্দা। লানথরগা মিৎয়েং কারল, লৈগনি মহাক থম্মোয়সুংদা ঐগী।

কবিনা মমারোনবু হুংশিজবা মাগী থোইদোকনা মমিং চৎলবা ঈশৈসিদা থম্মোয় য়াওনা ফোঙদোকলি :

য়ামলবা লৈবাক য়ামলবা লোন পেলহনবা ঙমদে কনামত্তা মশাগীনা নত্তনা। য়ামলবা তুন্নেল, য়ামলবা পাৎ, করি কান্নরি মথোয় নোঙ্গৌবীদি (১) চেকলাদা? কোকঙবনি মাগী ঈথৌ ঈরিক্তনা নোংগী।

নিধু বাবুগা কুমপোক অমত্তদা পোকমিন্নবা শ্রীধর পুরানগী রাবী থিবনা মশিঙ্গাং ওইরম্মী; মরম অসিনা মহাকপু কথক শ্রীধর কৌরম্মী। মহাকী ঈশৈশিং নিধু বাবুনা ইবশিংদগী করিমত্তা হন্থ:দ। মতুগী থুদম মথাগীসিনি।

হুংশিবিরক্তনি হায়বগী হুংশিবা নত্তে নঙবু ঐনা। হৌনশানি ঐগী থঙজদবা কনাবু নঙবু নত্তনা। থাজ মানবা নঙগী মায়থোং মোমোন নোকপা নঙগী মীনোক উজবগা ঐনা হুংঙাইবনা থুমহৎচৈ ইথন্নতা। লাকচবা ঐনা উজনিংবনা নঙবু, নত্তে লাকচবা উৎননবা ইশক।

---

(১) ভারতকী কবিতাগী পরম্পরাদা নোঙ্গৌবী হায়বা চেকলাসি নোংয়াহীতবু থকই হায়না হায়রগী

মতমসুগী অচৌ কবিশিংগা কুমপোক অমত্তদা পোকখিবখিবা রাম বসু ( ১৭৮৭-১৮২৯ ) মখিং চৎলবা 'কবি' ঈশৈ (১) লেংবা অতোপ্পা কবি অমনি। নিধু বাবু অমসুং শ্রীধর রায়গা মেৎনক্রবদি রাম বসুগী ঈশৈশিং চাউথন-শাংথনি অমসুং য়াওরিবা বিষয়সু য়াংতক তাই। অদুমকপু মরক মরক্তা য়ামনা তরুং তরুংবা অমসুং অশেং অশেং তাকপা হেক হেক য়াওই।

চারবী, কাউখিবা থম্মোয়দা চৎখিউ মানা অরাংদা ওইহৌরেদো থম্মোয়গী মৈচাক। হায়গে থন্না থন্না হায়ঙমদা, ইকাইজবনা হায়হৌদে হংশি হায়বদু মাবু।

দাশরথি রায় ( ১৮০৬-৫৭ ) আকা বাইতি কৌবী মখিং চৎলবী ঈশৈ শকপী অমনা লুচিংবা কবি ঈশৈ শকপা কাঙবু অমগী শৈরেংবা ওইনা অহানবদা হৌরকলম্মী। মতম থরা লৈরগা কবি ঈশৈ লেংবা পাঁচালী ঈশৈ শকপা কাঙবু অমা মহাকনা লিংথৎলম্মী। অনৌবা পাঁচালী ঈশৈসি অমরোমদা কবি ঈশৈ অমসুং পুরান বারী থিবগা অমসুং অমরোমদনা পরম্পারাগী ঈশৈনা মপুং ওইনা শাম্নবা নাটক হায়বদি যাত্রা অমসুং কীর্তনগী ঈশৈ অনীসি য়ানশিন্নরগা শেম্বনি। দাশরথিনা লেংথিবদুগী বিষয়বস্ত অয়াম্বনা কৃষ্ণগী পৌরানিক বারীদগী অমসুং রাম অমসুং শিবগী বারীশিংদগী লৌথোকপা ওইরবস্ম তশেংনা থায়নগী অরিবা ভাক্তগীদি নৎলমদে। মাগী মতমগী সমাজদা থোকলিবা থৌদোক-বাথোকশিং অমসুং সমাজগী লুচিংবশিংনা যানিংদবা বিষয়শিং হায়বদি, লুপ্নাবী লুহোংবা, শহরদা লৈবশিংগী অচাউবম কাবগী হংশি-হৈত্তবা লীচৎ অমসুং ইংরেজ শিক্ষানা থোকহল্লিবা অমাং-অতা কয়া অসিনচিংবা বাফম কয়া মাগী পাঁচালীদা য়াংলপ তৌবা থুৎহৈদা ইরম্মী। দাশরথিগী ঈশৈ তাবশিং থুঙংগী অচম্বা মীশিংনি ( তৌইঙ্গবসুং মাগী ঈশৈশিং মহাক মশা হিংলিউদা কলকাতা শহরদা তানথিরম্মী ) অমসুং ঈশৈ তাবশিং অসিদা ভক্তি ভাবনা মপুং-ওইরবা মাগী ঈশৈশিং অসিনা ভক্তিগী অকনবা ঈথৌ পোকহল্লম্মী। অনুপ্রাস ওইবা শব্দশিংগী খোয়থুম্নরবা থোম্নোকনা দাশরথিগা কবিতাশিংবু থোইদোকনা শুমহৎনিংঙাই ওইহল্লি। থুন্নক্তা শরুবা ঈশৈগী সুর কয়ামরুম মহাক্কী ঈশৈদা হাপচিল্লম্মী

---

(১) কবি ঈশৈশিং কাঙবু অনী শীংনদুনা হেক হেক শরুরম্মী। শিজিন্নবা যন্ত্রনা ঢোল মচা অমগা কাঁসি মচা অমগা অনীসিতনি। শকলিবা ঈশৈগী বিষয়না পৌরানিক বারীগী বা মক্তনি। হায়না শকপা অদুনা মাগী ঈশৈদা প্রশ্ন অমা হংনি অদুগা মাগী লামবাদুনা মদুগী পাউখুম ঈশৈদা খুমগনি : অদুগা মহাকনা অমুক হংনি। পাউখুম পীবা ঙমদবা শৈশকপা অদু মায়খিরে হায়না লৌনৈ

অমসুং মখিনা মাগী ঈশৈগী স্বর অমুক্তা হেন্না জানিংবা লোকহনখিরম্মী। হায়রিবা মতম অহমখিদগী দাশরথিনা লেংবা ঈশৈশিং ভরামাপনভুবা শতাব্দীগী মরমগী চহী অমগী হেনবা চহীশিংদা লোংচুপ বঙ্গ শিহ্‌নো মীয়াম্না থ্‌ইদগী পায়খিরম্মী।

মমায় অমসুং নোংপোক বঙ্গদা দাশরথিগা লানবা তৌনবা মাবা কবিদি কৃষ্ণকমল গোস্বামীনি। হন্দকী (গোস্বামীগী) পাঁচালী যাত্রারোমদনা হেন্না নকশিজি অদুগী ঈশৈদি কীর্তন ঈশৈগী মওংনি। বৈষ্ণব কীর্তনগী ঈশৈশিং অনৌবা মওংদা শেমগত্তুনা মতমগা চানহন্নবা হোৎনবদা মধু কান (১৮১৩-৬৮) মাম্না মায়পাকখি। কৃষ্ণকমল গুম্না মধু কানসু মমায় বঙ্গগী মীনি অমসুং নোংপোক বঙ্গদা মহৈ-মশীং তম্লকপনি। মধু দাশরথিদোনা অনুপ্রাস তৌবা ৱাহৈশিং শিজিন্নবা মাম্না পান্নম্মী তৌইগুম্বসুং দাশরথিগী মতৌদুমক্তি মৌরমদে। দাশরথিগা মহাক্তা থেন্নবা হায়বদু মহাক ইচম চম্ব লোন্দাতদা ইরম্মী অমসুং মহাক্না লেংখিবদি পাঁচালীগী ঈশৈ নত্তে কীর্তনগীনি। মধু মশাগী স্বর অমা হৌদোকম্মী অমসুং শকপা মতমদা অশেংবা কীর্তনগী শৈশক্তা থুংলদা চৎনবা জগোয়গী ঈশৈশিংগী স্বর পুনশিন্নদুনা তাবদা মাম্না হুংভাইরবা শৈশকী রীতি অমা শেমগৎলম্মী। মসিবু মধু কান॥ 'ঢপ' কীর্তন হায়না খঙনরম্মী। মসিগী কীর্তন হুপীশিংতনা শক্লম্মী অমসুং মীয়ামসু মাম্না পাম্নরম্মী।

ভরামাপনভুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্তা অনৌবা 'পাঁচালী' অমসুং 'যাত্রা' অনীগী মরক্তা মপুংদা খেন্নখিবা হায়বদু অহানবগীসিদনা ঈশৈ হনবা অমথক্তনা শকই অদুগা অকোনবগীসিদনা ৱামত্রবদা ঈশৈ শকপা অহুম তই; তৌইগুম্বসুং অনীমক্তা খোনবাংবা অমসুং যন্ত্র খোংবা অদুগা পুং য়ৈবা মী য়াওই। মীয়াম্না পাম্নবা ঈশৈগী বিষয় কৃষ্ণগী পৌরাণিক ৱারীনি। থরা হম্বনা পাম্নবনা শিব অমসুং পার্বতীগী ৱারী অমসুং চৈতন্যগী পুন্সি ৱারী অসিনি। নৈনরিবা শতাব্দীসিগী মমাই চহিকপা মতমদা বিদ্যা অমসুং সুন্দরগী নুংশি-নুংঙন ৱারীগী 'যাত্রা' কলকাতারোমদা যাম্না কন্না চৎনরম্মী। যাত্রাগী অহৌবা প্রস্তাবনা সাধারণ ওইনা নোংমিংবগী রস য়াওবা শরুক্তা ওই। কৃষ্ণগী ৱারীদা নারদমুনি অমসুং মাগী শিষ্য ব্যাসদেব করেম-কথাইনবা মীগী চরিত্রশিং ওইহল্লি। বিদ্যাসুন্দরগী নাট্যদনা নোকহন্নবগী মচাক ওইনা লৈবাক মচা তান্দবগী কা হেনবা থোদোক হাপচিল্লি। ঈশৈনা যাত্রা লীলাগী মপুং ওইবা শরুক ওই। ঈশৈশিং অসিবু অমগা অমগা শমজিন্নহনবগী শরুক অভিনেতা গায়কশিংনা গদ্যদা খরদে পদ্যদা খরদে মচিন্না থিবিন্নবদুনা ওই।

## ১৫ শুবা শন্দুপ

# সাহিত্যগী গদ্য-বারেং শেমগৎলকপা

তরানিপানশুবা শতাব্দীগী চহী হুন্দ্রক্লবা চল্লকপা মত্তাংদা বঙ্গদেশতা মপান-মন্না চেৎনা তাপ্লবা ইংরেজ শাসন্না চহী যাঙ্খিরোম হেল্লক্লবা মাওবগী মতুংদা আইন কাননগী মতুংইন্না অচুম্বা বায়েন বিচার তৌরক্কনি হায়বগী থাজনবা অমা মীয়ামদা পোকহন-খিবদগী হেন্না লৈবাক্কী শেনথুমগী অমসুং সংস্কৃতিগী ফিভম ফগৎহল্লনবা করিমসু তৌরমদে। নৌনা পুথোরক্কপা ছাপা নম্বগী যন্ত্রনা মতমদুগী সাহিত্যগী থোঙচৎ শোইদনমক হোংহল্লরগনি হায়বসি তমদ্রুনা লোইশ্লবা য়ানি। ছাপা তৌনবা বাংলা ময়েক শেমশাবগী অমসুং হৈবগী অমসুং বাংলা ময়েক্তা ইহান হান্না লাইরিক নম্বগী সন্মান ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগী কর্মচারী চার্লস উইলকিন্স ( মমৈথংদা সার চার্লস হায়না ইকাইখুম্নখিবা ) মফমদা তৌফম থোকই। মহাক সংস্কৃত পণ্ডিতনি অমসুং ভাগবত গীতা অনুবাদ তৌরম্মী। সার উইলিয়ম জোন্সনা বেঙ্গলগী এসিয়াটিক সোসাইটি লিংথৎপদা ( ১৭৮৪ ) মহাক্না মতেং পাংলম্মী। নেথানিয়েল ব্রাসি হালেডনা ইংরেজীদা ইবা বাংলা লোনগী ব্যাকরণ হুগলীদা ১৭৭৮ দা ছাপা তৌখিবা লাইরিকসিদা বাংলাগী অহৈবা ময়েক ইহান হান্না শিজিন্নখি। হালেড মশামক অচৌবা পণ্ডিত অমনি অমসুং বাংলা লোন অমসুং সাহিত্য নিংথিনা খঙলম্মী।

ইহান হানবা বাংলা ময়েক্তা ছাপা তৌখিবা বাংলাগী লাইরিকশিংদি বাংলা, বিহার অমসুং উরিষ্যাদা শাসন তৌনবগীদমক ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীনা শেম্বা আইন কানন বাংলা বারেংদা অনুবাদ তৌখিবশিং অমনি। কম্পানীগী ইংরেজ কেরানীশিংনা অচুম্ব-অরান য়েংশিন্দুনা লাইরিকশিংসু অনুবাদ তৌরম্মী। জোনাথান ডনকাননা দেৱানি আদালতশিংগী বিচার তৌনবগী নিয়মশিং ( কলকাতা ১৭৮৫ ) অনুবাদ তৌবগী দায়ী লৌরম্মী। ফৌজদারি আইনশিং ( কলকাতা ১৭৯১ ) অনুবাদ তৌবদা নেল বেনজামিন এডমণ্ডষ্টোননা য়েংশিন্নম্মী অমসুং রাজ্যগী আয়করগী নিয়মশিং, হায়বদি 'কর্নৱালিস কোড' হায়না খঙনবতুগী অনুবাদ তৌবদনা ( ১৭৯৩ ) হেনরী পিটস ফোরষ্টারনা সম্পাদন তৌরম্মী। অনুবাদশিং অসি তৌবদা মতমতুদা রাজ্যগী আইন কাননগী ৱাহমশিং ইবদা চৎনবা মওংনা চানহল্লম্মী অমসুং ফারসী অমসুং আরবী ৱাহৈশিং য়াম্না লাঙ্গা শিজিন্নরম্মী। মসিদা ইরম্বিবসি অম্মা ইহমগনি থাজদবা মতৌদা ইরম্মী। তৌইশুবসুং বাংলা লোনগী ইংরেজ লেখকশিং সংস্কৃত লোনদা অমা

লৈবা অমস্থং প্রদেশকী শাসনগী লোন ওইনরিবা বাংলা লোনবু য়াম্না পাম্না মীওই ভাকনি। হালেডনা বাংলা লোনগী মরমদা মাগী ব্যাকরণগী য়াহৌদোক্তা অহুম্না ইবি: মসি হিন্দুশিংগী শিনফম খুদিংগী মীওইশিং অমস্থং দলশিংগী মরক্তা অমগা অমগা য়া ভাওনহনা নম্রগা চে-চাং ইনহনা মপুক্লীংগী য়া ফাওদোক্লনবা শিজিন্নরিবা অমস্তা ভাইরবা লোম্নি। লশোন-ইতিকী চে-চাং অমস্থং হিসাবনচিংবা পুন্নমক লোন অসিদা ইনৈ। শম্না হায়রবদা লৈবাক রায়েনগী থবক্তা, আইনগী মতুংইন্না অচুম্বা বিচার তৌবদা, থাজনা লৌথৎপগী থবক্তা অমস্থং লল্লোন-ইতিক তৌবদা হৈনীংবগা লোইননা, মীচং-মীথায় নাইদনা অমস্থং থুৎলৈ থুনা পাঙথোক্কে হায়না করিগুম্বা নীংলবদি মীয়াম্না ভাওন-শম্নরিবা লোন অসিবু থরায় য়াওনা থিজিনবা তাই, করিনা হায়রবু মসিগী অচম্বা লোন্দা, অচাবা অর্থ ফোঙদোকপা অমস্থং চাং যান্নবা য়ারেং মশেম্না লৈতেংতনা থন্নবা অমস্থং খোম্বোক্কী অনেম-অৱাংগী স্বর চঙলবা ফারসী লোনগী য়ারেংদগীদি লন্নাই অমস্থং সমাজগী থবক থৌরমশিংগীদমক শিজিন্নবদা হেন্না খুদোং চাই।

ৱিলিয়ম কেরি (১৭৬১-১৮৩৪), ৱিলিয়ম ৱার্ড অমস্থং যোশুৱা মার্শমেন অহুম্না খৃষ্টকুম ১৮০০ দা শ্রীরামপুরদা বেপটিষ্ট মিশন অমা লিংখৎখিবসি বাংলাদেশকী সংস্কৃতি ॥ ইতিহাসতা শিংথানিংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি। খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপা মিশনগী কাঙবুনা ধর্মসি শন্দোকপদা সাহিত্যগী থোঙলোমদগী চঙলক্লম্মী। অচম্বা মীওইশিংনা ভক্তি ভাবকী ঊশৈশিংবু য়াম্না পাম্নে হায়বসি উত্তুনা কেরি অমস্থং মাগা থবক নোম্মিন্নবশিংনা বাইবল অনুবাদ তৌবদা থোইদোক্না পুক্নিং চঙলম্মী। বাংলা অমস্থং অতৈ ভারতকী লোনশিংদা অনুবাদ তৌরবা বাইবল ছাপা নম্নবগীদমক মথোয়না চহী অসিমক্তদা শ্রীরামপুরদা ছাপা নম্ফম অমা লিংখৎলম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৮০১ দা বাংলা লোন্দা ইবা বাইবলগী নিয়ু টেষ্টামেন্ট ছাপা তৌত্তুনা ফোঙলম্মী। মসিগী মমাঙদা 'গোসপেল ওব সেন্ট মেথিয়ু' নমুনা অমা ওইনা বাংলাদা অনুবাদ তৌরগা খৃষ্টাব্দ ১৮০০ মে থাদা ছাপা নমত্তুনা ফোঙদোক্লম্মী। বাংলাদা বাইবল মপুংফানা অনুবাদ তৌবা (ধর্ম পুস্তক) লোইখিবসি খৃষ্টাব্দ ১৮০৮ দনি। বাইবলগী অনুবাদকী অহানবা শেম-শাবগী মতমদা ইবা হৌগৎপা মীশিং কেরিগী মতেং পাংবা বাঙালী মচাশিংনি অমস্থং মথোয়গী মরুওইবদি রামরাম বসুনি। বাংলা অমস্থং সংস্কৃত থঙবা হেন্দৎলক্লবদা কেরিনা মশা হিংলিঙৈদা ফোঙখিবা (খৃষ্টাব্দ ১৮৩৩ ফাওবা) মথং সংস্করণশিংদা বাইবলদা য়াওরিবা বাংলা ৱাহৈশিংগী মহুত্তা সংস্কৃত ৱাহৈশিং অমুম অমুম শিজিন্নম্মী। সংস্কৃত লোন হেন্না হেন্না শিজিন্নবগীদমক মহাক্না মসি ॥দমক নেক্ত্রুনা থম্বা বাঙালী পণ্ডিতশিংগা ইতং তত্তনা তানরম্মী। কেরি মশা

লৈখিদ্রেদো নিয়ু টেষ্টামেন্টকী পাবা য়ানা বাংলা লোন্দা অহুবাদ তৌদুনা পুথোকপা ওয়মদে অদুবু মহাক্না লৈখিল্লবা তুংদা ৱিলিয়ম ইয়েটননা পুথোকখিবনী। মসি রোমান ময়েক্তা খৃষ্টাব্দ ১৮৩৯ দা লণ্ডন্দা ছাপা তৌরম্মী।

বৈষ্ণব জীবনী লাইরিকী মতো তমদুনা শ্রীরামপুর মিশনগী পাদরিশিংনা নিয়ু টেষ্টামেন্ট বাংলা লৈরেংদা ইহল্লমী। তৌইগুবসুং ছাপা তৌরবা লাইরিক অমা ওইনা নক্রগা 'অরিবা' খৎনা ইরম্বা অমা ওইনা মসিবু থোইদোক্না পামখিদে। সাহিত্যগী লম্বীরোমদদি লম্বাংনদুনা তোকখিরমী।

ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী নৌনা হাপ্পা ইংরেজ "লেখকশিংবু" ভারতকী লোন তম্বীনবগীদমক খৃষ্টাব্দ ১৮০০ মে থাদা কলকাতাদা ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজ লিংখৎলম্মী। কোলেজ অসিগী বাংলা বিভাগকী ( মতুংদা সংস্কৃত বিভাগকীসু য়াওনা ) থবক পুননবা কেরিদা শিন্নরম্মী। মহাক্না মাবু তেংবাংবা ওইনা পণ্ডিতশিং অমসুং মুনশিশিং থরা ওঝা হাপ্লম্মী। মথোয়গী মরক্তা থরদি মাবু তম্বীখিবা ওঝা অমসুং বাইবল অহুবাদ তৌবদা মাগী মতেং পাংখিবা মীওইশিংনি। ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগী ছাত্রশিংনা পাননবগীদমক শ্রীরামপুর মিশনগী ছাপাখানাদা কৃত্তিবাসকী রামায়ণ ( ১৮০২-০৩ ) অমসুং কাশীরামগী মহাভারতকী অহানবা লাইরিক (১৮০২-০৬) (১) ছাপা নমদুনা ফোংলম্মী। বাংলাগী অহানবা কাব্যগী লাইরিকশিং অসুম্না ছাপা নমদুনা পুথোকখিরম্মী।

ভাঙন-চৎনরিবা লোন খঙহন্নবা তম্বীবদা পম্বগী লাইরিক্না খুদোংচাদবদগী বাংলাগী অধ্যাপক অমা ওইনা কেরিগী অহানবা মথোদাংদি ছাত্রশিংগী তন্নবগীদমক মতৌ তাবা গদ্য খুৎইগী পাবা য়াবা লাইরিক পুথোকপা হায়বসিনি। মহাক্না হায়বদগী মাগী মতেং পাংবা ওঝাশিংনা ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগী (২) ছাত্রশিংগী তন্নব দমক গদ্য স্বারেংগী লাইরিক ইরম্মী অমসুং অতোপ্পা মী নেক্তুনা ইহল্লম্মী। অসুম্না ইখিবা লেখকশিংগী মতুংদা খুাইদগী ফজনা ইথিবশিংদি রামরাম বসু ( লৈখিদবা ১৮১৩ )

---

(১) মসিগী লাইরিক মপুম অসিমক জয়গোপাল তর্কালঙ্কারনা সম্পাদন তৌরম্মী অমসুং শ্রীরামপুরদা খৃষ্টাব্দ ১৮৩৬ তা ছাপা তৌখি। মসিগী খুাইনা য়ানরবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা খুাইদগী ফজবা পদ্য থরদি তর্কালঙ্কারনা শেমদোক-শাদোক্তুনা ইবনি। মহাক কবিতা নিংখিনা ইবা লেখক অমনি। মহৈদা কলকাতা গোবর্ণমেন্ট সংস্কৃত কোলেজগী অধ্যাপক ওইখি

(২) মসিগী লাইরিক পুম্নমক শ্রীরামপুর মিশন প্রেসতা ছাপা তৌরম্মী

অমসুং মৃত্যুঞ্জয় বিদ্যালঙ্কার ( লৈখিদবা ১৮১৯ ) অনীশিনি। রামরাম বসুনা 'মুনশি' রীতিদা ( হায়বদি ফারসীগী ) অমুগা মৃত্যুঞ্জয়না 'পণ্ডিত' রীতিদা হায়বদি সংস্কৃতকী মতমতুগী বাংলা গদ্য খুৎই পুথোক্লম্মী।

রামরাম বসুগী গদ্য খুৎইগী লাইরিক অনীথক ফোঙলম্মী (১৮০১ অমসুং ১৮০২)। অহানবা লাইরিক 'প্রতাপাদিত্য চরিত্র' হায়বসিদা লেখকনা যশোহরগী প্রতাপাদিত্যগী চৎনরিবা বারী অমসুং মাগী মরমদা ফারসীদা ইবা মোগলগী ইতিহাসকী বা অনীমক ইরম্মী। খুৎইগী রীতি ইচম চম্মী অমসুং বারীগী মওংদা ই। অতোপ্পা মাগী লাইরিক 'লিপিমালা' স্বপ্নগী প্রবন্ধ ভাক্তগীনি অমসুং চিঠিগী মওংদা ইবা অতেনবা বারীশিংমক্তগীনি। মসিগী খুৎই অমুক্তা হেন্না লাইনা ই অমসুং লোন্না চৎন-ভাওনরিবা লোন্দানা মপুং ওই। লেখক্না মাগী রাহৌদোক্তা হায়রবগুম্না কোম্পানীগী কর্মচারী-শিংনা বাংলাগী ভাঙন-চৎনরিবা লোন অমসুং মীয়ামগী লল্লোন-ইতিক্কী থবক থৌদোক্দা শিজিন্নরিবা মওং-মতৌবু থওননবা ইরম্বা লিপিমালানি।

মৃত্যুঞ্জয় বিদ্যালঙ্কারগী লাইরিকশিং সংস্কৃতগী লোথোকপা অমসুং অনুবাদ তৌবনা অয়াম্বনি। 'বত্রিশ সিংহাসন' ( ১৮০২ ) অমসুং 'হিতোপদেশ' ( ১৮০৮ ) সংস্কৃতা ইবা বারীগী লাইরিকশিং 'দ্বাত্রিংশত পুত্তলিকা' ( প্রতিমূর্ত্তি কুন্থ্রানিথোই ) অমসুং 'হিতোপদেশ' ( অফবা পাউতাক ) হ'যবশিং অসিদগী মথংশিংনা অনুবাদ তৌবনি। মসিগী বারীশিং অসিগী থবা অমদি বাংলা কাব্যশিংদা হান্নানা ইনগ্রবনি অমসুং ভাডা গদ্যদগী থেংনগ্রবনি। মহাক্কী 'রাজাবলী' ( নিংথৌ পরেং ) কৌবা সাল ১৮০৮ ফোঙবা লাইরিকসি মোগলগী ইতিহাস ইবশিংনা সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা লাইরিক অমদগী লোথোকপা মাল্লি। মসি বাংলা লোন্দা ইবা ভারতবর্ষগী মথল অমগী অহানবা ইতিহাসনি। মৃত্যুঞ্জয়গী খ্রাইদগী মমিং চৎলবা লাইরিক 'প্রবোধচন্দ্রিকা' ( জ্ঞানগী মাবল ) মশা লৈখিদ্রবা মতুং সাল ১৮৩৩ দা ফোঙলম্মী। অনুবাদ তৌবা অমসুং মশানা ইজবা শরুক অনীমক লাইরিকসিদা য়াওই অমসুং লাইরিকসিগী খুৎইসিনা মহাক্কী পাণ্ডিত্যগী মগুণ অমসুং ভাঙন-চৎনরিবা লোন্দা ইবা মাগী গদ্যরীতি ফজনা ভাকই। মসিদা য়াওরিবা ময়াম্না পাম্নবা বারীশিং চৎনবী লোন্দাদা ইরিবদু পাবদা য়াম্না তুংঙাই। 'প্রবোধচন্দ্রিকা' মৃত্যুঞ্জয়না লোইশিন্দনা থম্লবদগী মাগী মচানুপা রামজয় তর্কালঙ্কারনা ( লৈখিদবা ১৮৫৭ ) মথা ইথতুনা মপুং ফাহনথিবনি হায়না হায়ই। রামজয় মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপাগী মহুত্তা ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজদা অধ্যাপক ওইরম্মী। 'প্রবোধচন্দ্রিকা' শতাব্দী তম্বায়রগী হেন্না ছাত্রশিংগী তম্নবা লাইরিক ওইনা চৎনরগী, অহানবদা ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজকী অহুমী তুংদা কলকাতা

বিশ্ববিদ্যালয়দা তম্নখি। মৃত্যুঞ্জয়গী অতোপ্পা গন্তগী লাইরিক 'বেদান্তচন্দ্রিকা' (কলকাতা ১৮১৭) দি কেরি অমসুং ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগা থোইদোকপা মরী লৈনখিদে (তৌবগীদি কোলেজ অসিনা মপান্থোক্লা নত্রবস্থ মহাকপু শৌবদি শৌগৎলম্মী)। মসিগী লাইরিকসি রামমোহন রায়না হৌদোকখিবা বেদান্তবাদ অমসুং একেশ্বরবাদকী রাবু প্রতিবাদ তৌনবগীদমক ইখিবনি। ইউরোপ মচা বিষয়সি পাম্বশিংগী খুদোংচাননবগীদমক ইংরেজীদা অনুবাদ তৌবা শরুক অমসু লাইরিকসিদা হাপ্লম্মী। লাইরিকসিদা ইরিবা লোন ফজবা রাৎলম্মী অমসুং রামমোহন রায়বু নাকোইননা হন্দুনা চৈবনা হাকমনখিবনা মৃত্যুঞ্জয়গী প্রতিবাদ মপাঙ্গল রাৎলম্মী।

গন্ত লেখক অমা ওইনা মৃত্যুঞ্জয়গী থুৎই রামরাম বসুনা ইবগা য়েংনরুবদা য়াম্না পুঙম থাঙমদনা পুবগুম তৌই অমসুং পাণ্ডিত্যামক্তনা থল্লি অমসুং কল্লি কল্লিগুম্বদা য়াওরিবহু কল্লিনো হায়বা খঙবা রায়। প্রবোধচন্দ্রিকাদা ইরিবা ঙাংনচৎনবদা শিজিন্নবা লোন খুল্লক-ইরক্তা চৎনবা লেমফাত্তবা রাঙাংগী লোন্দা ওইরবস্থ অতুম মফজে। ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগী পণ্ডিত মৃত্যুঞ্জয়বু বাংলা গন্ত পুথোকপনি হায়বসিদি হাকমল্লি তৌইগুম্বসুং মহাক গথল-মথেলগী রীতিদা বিষয় কয়ামকমগী মরম ফজনা ইরম্মী হায়বসিদদি য়াদবা ঙমদে।

ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগী বাংলা ওঝাশিং অতৈগী মরক্তা রাজীবলোচন মুখোপাধ্যায় চুমতা মমিং পনবদগী হেন্দোক্তুনা শীংথানবা য়াই। মহাক্কী মহারাজ "কৃষ্ণচন্দ্ররায়স্থ চরিত্রমা" (মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্ররায়গী পুন্সি) শ্রীরামপুরদা সাল ১৮০৫ দা ছাপা তৌরম্মী। মসি রামরাম বসুগী প্রতাপাদিত্যগী থুৎই মঙুৎহু লৌতুনা ইবনি। রাজীবলোচন মুখোপাধ্যায়না ইরিবা লোন্না মাগী মমাঙগী লেখকশিংনা ইরম্বা লোন্দগী ফজবা হেনম্মী। ইরিবা রাহৈ পরেংশিং তেল্লি অমসুং ইচম চম্মী। মসি তম্নবা লাইরিক ওইনা প্রবোধচন্দ্রিকাদগা মতম হেন্না শাংনা অমসুং পান্না চৎথিরম্মী।

ভারতবর্ষদা অনৌবা যুগ হৌরকপা মতমদা হিরম কয়ামকমদা মাঙজিন থাবা মীশক অমা ওইখিবা রামমোহন রায় (১৭৭৪-১৮৩৩) তম্নবগী নত্তবা বাংলা গন্তগী লাইরিক ইবা ইহান হানবা লেথক্লি। মহাক্না বেদান্তগী লাইরিক অনী (১৮১৫) অমসুং উপনিষদ অনুবাদ তৌরম্মী অমসুং সামাজিক অমসুং ধর্মগী চৎনবীবু সংস্কার তৌনবগীদমক্তা অচাবা মরম কয়ামুক পীতুনা লাইরিক ইরম্মী (১৮১৮-২৩)। শ্রীরামপুরগী পাদরিশিংনা হিন্দুধর্মগী লৈথা ঙাননবা তৌরকপশিং থিংননবগীদমক রামমোহন রায়না মতম নাইনা চেফোঙ অমসুং পত্রিকাশিং বাংলা, ইংরেজী অমসুং ফারসী লোন্দা কোঙলম্মী (১৮২১-২২)। কবিতাসু মহাক ইখিদবা নত্তে। মহাক্না

ভাগবদ্‌ গীতা (¹) অনুবাদ তৌদুনা বাংলা শৈরেংদা ইরম্মী অমসুং আধ্যাত্ম ঊশৈ থরম্ম ইরম্মী। ধর্ম সংস্কারগী মরমদা ফজরবা ফারসী লোন্দা ইবা মাগী ইহান দানবা লাইরিক্কি 'তুহ্‌ ফা তুল মুয়াহিদ্দীন' হায়বদুনি (মসি সাল ১৮১৫ গী মমাঙদা ফোঙলম্মী)। রামমোহন মমালোনবু কয়ামুক নিংথিনা খঙবগে হায়বসি মহাক্না ইংরেজী লোন্দা ইখিবা বাংলা ব্যাকরণ অদুনা প্রমাণি ( ১৮২৬ )। মতম থরা লৈরগা মসি অমুক বাংলা লোন্দা মহাক্না অনুবাদ তৌরম্মী অমসুং মহাক লৈখিদ্রবা মতুং সাল ১৮৩৩ দা ফোঙলম্মী। হৌজিক ফাওবদা ইনথিবশিংগী মতংদা মসি খ্রাইদগী ফরবা ব্যাকরণনি অমসুং হিরম থরদদি মসিবু হৌজিক ফাওবা নমহৎপা ঙমদ্রি।

রামমোহন রায পণ্ডিতশিংনা ইনবা গদ্য রীতিদা ইরম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক্না ইরিবদুদা অখোইবগী মতৌ, পংশেম শেমজিনবা নত্রগা চমমনহনবা অমত্তা য়াওহল্লমদে। মসিগী মরম পংলাপ লাপ্না থিরুপ্রবস্ম য়াই। মৃত্যুঞ্জয় বিদ্যালঙ্কারনা ওইখিবগুম্না মহাক সংস্কৃতগী অচম্বা পণ্ডিত অমা ওইরমদে অমসুং নত্রগা রামরাম বসুগুম চুম্নগী ফারসী লোনতগী পণ্ডিতস্ম নৎলমদে। সংস্কৃত অমসুং ফারসীদা নত্তনা মহাক ইংরেজী লিংথিনা হৈরম্মী অমসুং আরবী লোনস্ম থরা খঙলম্মী। অসুম্না লোন কয়ামুক খঙবসিনা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা অমসুং অফা-অপুম্নরবা রাহৈ-লৈতেংশিংদগী অমসুং অভিধানিক রাহৈশিংবুতা শিজিন্ননীংব॥ অকিবগী মশক ফংলবা চৎনবী রাথল অত্রদগীস্ম মহাক নাম্নোকচবা ঙম্নম্মী। রামমোহনগা খুৎইদা সাহিত্যগী রস পংয়াও য়াওদে অমসুং ইচম চম্মী, অপাম্না অমসুং তশেং তশেংনা ফোঙদোকই। মাগী খুৎই থায়নগী অরিবা খুৎই থরা চঙই হায়বসিদা কন্নিস্ম চিংনিংঙাই লৈতে অদুম্নদি ওইরগা মাগী খুৎইসিনা অপাবশিংদা মতংদা য়াওরিবশিং য়াম্না লায়না অমসুং ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙমখিবা অদুগুম মাগা হৌমিন্নবা জ্ঞানী লেখকশিং অতৈনা পঙনা ঙমখিদে।

শ্রীরামপুরদা পুথোকখিবা মমল তাঙলবা থার থারবা তম্নবা লাইরিকশিংনা ফংবা ঙম্নরোইদোবা অমসুং রামমোহন রায়না ইবা ধর্ম তত্ত্বগী লাইরিকশিংদা কন্ননা ভোইরোইদোবা থোদোবু সাল ১৮১৮ মে থাদা চয়োলগী চেযোঙ 'সমাচার দর্পন' (পাউগী মিংশেল) (²) হায়বমা পুথোক্কনা শ্রীরামপুরগী পাদরিশিংনা পাঙথোকখিরম্মী। মসিগী থোদো লোচুনা রামমোহন রায় অমসুং কলকাতাদা লৈবা মীওই

---

(¹) লাইরিক অসি মহাকী থবক অশিন-অরাং তৌবা মীওই অমগী মমাঙদা ফোঙদোরম্মী।

(²) মসিগী সম্পাদক জে, মার্শমেননা ওইরম্মী অমসুং মাগী তেংবাংবা পণ্ডিতশিং লৈরম্মী। গঙ্গাধর ভট্টাচার্যগী 'বেঙ্গল গেজেট' মতম্নিমক্তদা কলকতাগী

কয়ামুক্তা কলকাতাগী বাংলাগী ছাপাখানাশিংদা ছাপা তৌজুনা মতম শাংনা অমসুং তেল্লা হিংলম্মা, অকক্কবা মতমদা হেক তেক ফোঙবা চেক্কোঙ কয়াম ় ম ফোঙলক্লম্মী। 'সমাচার দর্পন' অমসুং মাগী তুংদা ফোঙনরকপা চেক্কোঙশিংনা মীচম প্রজা, বাংলা লোনতমক হৈবা মীবু অরু-অরুবা রাফমশিং অমসুং মতম মতমগী ওইবা থৌদোক-রাথোকশিংতা খঙহনবদা নত্তনা খঙবদা কান্নরবা পাউজেল অমসুং পাউতাক য়াওবা রাগ্নী কথানা জ্ঞান তাহল্লম্মী। সংস্কৃত পণ্ডিতশিংগীতা ওইবা খঙবদা রারবা পাণ্ডিত্যমক্তনা থ৷রবা রাহৈ-রাতা শিজিন্নদে হায়দুনা চেযোঙশিং অসিগী গদ্য খুৎইযু পারিবা মীশিংনা পান্নদবা থক তৌখিদে। হাযরিবা চেক্কোঙ অমসুং পত্রিকাশিং অসিগী মপান্দগী পাবা ইবা ওবা মীওইশিংগী মরক্তা বাংলা গদ্য অহানবা ওইনা চৎনবা হৌথি।

শ্রীরামপুরদা মিশন প্রেসনা ফোঙবা তম্নবা লাইব্রিকশিং মমল তাঙই, কা হেল্লা চাউই অমসুং খঙবদা রানা থোকই। ইরাই লাইনা তেল্লা ইবা অমসুং মমলস্থ ফোঙবা তম্নবা লাইব্রিক ফংহনবগীদমক স্কুল বুক সোসাইটি কৌবা অমা কলকাতাদা সাল ১৮১৭ তা লিংখৎলম্মী। বেরি অমসুং রাজা রাধাকান্ত দেব ( ১৭৮–১৮৬৭ ) সোসাইটিসিগী সদস্য ওইরম্মী। সোসাইটিসিনা ফোঙবা তম্নবা লাইব্রিকশিং হরাওনা তম্নরম্মী। লাইব্রিক লেংবশিং ( মতুংদা ফেলিকস কেরি, লোসন, ডব্লিয়ু এচ পিয়ার্স, জে ডি পিযার্সন অমসুং ডব্লিয়ু হযেটস অসিনচিংবা ইংরেজ মচাশিং য়াওরম্মী। তম্নবা বিজ্ঞান অমসুং অতৈ লাইব্রিকশিং অযাম্বা ইংরেজী লাইব্রিকশিংদগী অনুবাদ তৌবা ওক্তনি। নৌনা লিংখৎপা হিন্দু কোলেজ ( ১৮১৭ ) অমসুং শ্রীরামপুর কোলেজ ( ১৮১৮ ) অমসুং কলকাতা অমসুং মতুগী অকোয়বদা তাবা লমশিংদা লিংখৎনরকপা স্কুলশিংদা তম্নবগীদমক লাইব্রিকশিং অসি চঙবা তারম্মা। তম্নবা লাইব্রিকশিংগী মতুংদা ইতিহাসনা থ৷াইনা পান্নবা বিষযগী লাইব্রিক্তি।

রিলিযম কেরিগী মচানুপা অহন ফেলিকস কেরিনা ( লৈখিদর' ১৮২২ ) বাংলাদা জ্ঞানকোষকুম্বা অমা ইবা হৌগৎলম্মী অমসুং মতুগী অহানবা লাইব্রিক হকচাংদা জীবনা হিংলিবগী অমসুং হকচাং কায়াৎকী শরুকশিংগী বিজ্ঞানগী রাকম ইবা শরুক্ত ছাত্রশিংগী তম্নবগী ওইনা মহাক্না ফোঙদোক্লম্মী ( ১৮১৯ )। লেখরা মতুং মতম চাদনা

---

ফোঙলম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম শাংনা হিংলমদে। 'সমাচার দর্পন' গী মমাঙদা 'দিগদর্শন' ফোঙখিরম্মী ( এপ্রিল ১৮১৮ ); মসিসু শ্রীরামপুরদগী ফোঙবনি। মসি খঙবদা কান্নরবা অমসুং বুদ্ধি-লৌশিং চাওখৎপা প্রবন্ধশিংগী পত্রিকানি। 'দিগদর্শন' স্কুলশিংদা তম্নরম্মী

লৈথিরবদগী মহাক্না লাংথৎলবত্ অৱেবা তাথিরম্মী। চহী কয়ামক্রম লৈরগা খৃষ্টান ধর্ম লৌতুনা পাদরি ওইখিবা হিন্দু কোলেজগী ছাত্র কে এম বন্দোপাধ্যায়না মথক্তা হায়খিবা জ্ঞানকোষ অসিগুম্বা "বিদ্যাকল্পদ্রুম" নত্রগা 'এনসাইক্লোপেডিয়া বেঙ্গলেনসিস' কৌবমা পুথোক্লম্মী। (মসিগী ইংরেজী অমসুং বাংলা লোন অনীমক্তা ইবা সংস্করণ অমত্তু ফোঙলম্মী।) মসি খণ্ড তরাক্নমদোইদা মপুং ফাই (১৮৪৬-৫১) অমসুং খণ্ডশিং অসিদা লাইরিক অতৈ অতৈদগী অনুবাদ তৌদুনা অমসুং লৌথোক্তনা ইবা ঐতিহাসিক ৱারী, জ্যামিতি, ভুগোল অমসুং তম্বী-তাকপীবগী মরমদা ইবা প্রবন্ধ কয়াম ম য়াওরি। ফোর্ট ৱিলিয়ম কোলেজগা লেথকশিংনা ইবা লাইরিকশিংদগী খক্কৎলকপা প্রবন্ধ কয়া অমসু য়াওই। বন্দোপাধ্যায়না খুৎই তম্নবা লাইরিক লেংবা অতৈনা ইরম্বা খুৎইদগীদি তশেংনা হেন্না হায়বসি খঙলম্নবসু মহাক খৃষ্টান ধর্ম চৎপা মী ওইরনা লাইরিক অসিবু কয়া শীংথানরমদে। মমৈথংদা মাগী পাণ্ডিত্যগী অমসুং ৱা ঙাঙবা হৈবগী মিংচৎ শন্দোকলক্রবদা মাগী লাইরিক অসিবু যানিংলমদবচ্ অসুম অসুম মাঙখিরমী অমসুং ভারতকী দর্শন শাস্ত্র মথক তরুক্কী মরমদা মহাক্না ইবা লাইরিকশিং (১৮৬৭) বিশ্ববিদ্যালয়শিংগী পরীক্ষাগীদমক মতম শাংনা তম্নবা লাইরিক ওইনা চৎনখিরমী।

বন্দ্যোপাধ্যায় নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী আদর্শ নাটক, হৌখিবা হহান হানবা ভারত মচানি। 'ওৎপীরবা' (The Persecuted) (১৮৩২) কৌবা নাটক অমা মহাক্না ইংরেজী লোন্দা ইরম্মী। ইংরেজীদা ইজৈ হায়বতু মঙাই মসিগী বিষয়বস্তু মহাক মশানা খেংনখিবা সমস্যানা ওইরম্মী। মসিগী সমস্যা ইংরেজী শিক্ষা ফংলবা নহারোল পুন্নমক্না থেংনরবনি, হায়বদি ইংরেজী শিক্ষানা মথোংদা পোকহল্লিবা মতমগা চুনরবা হোংবা যাত্রবা অনৌবা ৱাখল অমসুং মিৎয়েংগা হিন্দু সমাজদা তুংহুনা লৈরিবা থাযনগী হোংকত্রবা ব্যবস্থাশিং অসিগা য়েৎনরিবা অসিনি। করিগুম্বা মসিগী নাটকসি বাংলা লোন্দা ইরম্বা থোক্রবদি অনৌবা বাংলা সাহিত্যগী খুমাং চাওশিনবগী য়াওম্বা শতাব্দী অমগী মরী থোকপগী মতুং অমগী মতম থিম্বহনশ্লিবসি থোক্নমলোইদৌবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫১ দা সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা ভার্নেকুলার লিটরেচর কমিটি কৌবমা স্কুল বুক সোসাইটিগী মতুং পাংননবা লিংথৎলম্মী। কমিটি (মমৈদা সোসাইটি কৌখিবা) মথৌদাংদি হুপী অঙাংশিং অমসুং লাইরিক-লাইত্ত পংহৈ হৈতবা কাংবুশিংনা সাহিত্য চর্চা তৌবদা খুদোং চানন্বগীদমক বাংলা লাইরিক্কী ওইরবস্তু নত্রগা ইংরেজী অমসুং সংস্কৃতকী লাইরিকশিংদগী অনুবাদ তৌববু ওইরবস্ত শিক্ষা পীবা য়াবা অমসুং পাবদম্ হুংঙাইবা চয়া ইবা ৱারেংশিংগী বাংলা লাইরিকশিং অহোঙবা

মমলদা পুখোকপা হায়বসিনি। কমিটি অসিনা ইহান হান্না মায়পাক্না পায়থৎখিবা থবক্তি ( খৃষ্টাব্দ ১৮৫১ দগী হৌনা ) 'বিবিধার্থ সংগ্রহ' কৌবা ( মথল-মখা কয়ামরুমগী অরমদা ইবশিংগী খোমজিনবা ) অহোঙবা মমলগী চিত্রগা লোইনবা থা থাদা ফোঙবা পত্রিকা অমা পুখোক্লম্মী। মসিগী সম্পাদক মতমতুগী থায়নগী অৱিবা পোৎচৈশিংগী মরমদা নিংখিনা থঞ্জলবা, মীকোক থোংবা অমসুং শক্লাইবা পণ্ডিত রাজেন্দ্রলাল মিত্রনা ( লৈখিদবা ১৮৯১ ) ওইরম্মী। তান চানকুবদা পত্রিকাসিনা অনৌবা সাহিত্যগী আন্দোলনগী মঙ্গি তন্নকপা মতাং অসিদা মতেং য়াম্না পাংলম্মী। রাজেন্দ্রলাল অচৌবা বাংলা লেখক্লি অমসুং সমালোচক্লি। রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়না হৌদোকখিবা অমসুং মাইকেল মধুসূদন দত্তনা থৌদোংজনা মঙং তানা চৎনহনখ্রবা অনৌবা কবিতা অমসুং কাব্য পদ্ধতিগী খুৎইদা ইবা কবিতাশিং "বিবিধার্থ সংগ্রহ"দা ইহান হান্না ফোঙদোকখিরম্মী। কান্নবা রামকৃষ্ণনা থ বা প্রবন্ধশিং অসিগী পুক্নিং চাওথৎনিংঙাই ওইবা মঙ্গনবু অমক শীংথানকুবগী করিম কান্নদে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা রাজেন্দ্রলালগী হোঙনা পুথোক্লবা প্রত্রিকাশিং অসিদগী জ্ঞান লৈহিবু অহানবা ওইনা থকচবা ফংখি। ইহান হানবা বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যগী ইতিহাসকী মচাক পত্রিকাসিদা য়াওরম্মী। রাজেন্দ্রলাল মথৎমন্না পত্রিকাসিগী প্রবন্ধ ইরম্মী। ভার্নেকুলার লিটরেচর কমিটিনা ফোঙবা লাইরিকশিং মরুওইনা পুস্তি ৱারীশিং অমসুং অতৈ ৱারীগী লাইরিকশিং পাম্নফম থোকপদু যৌনা পাম্নরমদে। ফোঙখিবশিং অদুগী মতুংদা জোন রোবিনসনগী রোবিনসন ক্রুসোগী ৱারীগী অহুবাদ ( ৮৫২ ), ডাক্টর এডৱার্ড রোযরনা অনুবাদ তৌবা 'লেম্বস টেলস ওব সেক্সপিয়ার' (১৮৫৩), আনন্দচন্দ্র বেদান্তবাগীশনা 'কথাসরিৎ সাগর'-দগী লৌথোকপা অমসুং 'সুশীলার উপাখ্যান' কৌবা ইমুং-মতুংগী ৱারীদগী মধুসূদন মুখোপাধ্যায়না লৌথোক্না থগু অহুম থোক্লা ইবা লাইরিকশিং অসি য়াওরি। সোসাইটিনা হেক মৎথিদ্রিঙৈ মমাঙদা অরোইবা ওইনা ফোঙলম্বা লাইরিক্তি 'ক্রিলোফকী ৱারী' ( Krilof's Fables ) ( ১৮৭০ ) দা মধুসূদন মুখোপাধ্যায়না লৌথোক্না ইবা ৱারীগী লাইরিক্নি। কমিটিনা লাইরিক মযামসি ফোঙদোকখিবা অসিগী অতোপ্পা মরম অমনা খৃষ্টান ধর্মগী শাজৎনচিংবা তাকপা অমসুং ৱারীশিং পংফোঙদা ফোঙদোক্লকপা অদু থিংননবগীদমক্তি।

শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপগী হৌরকপা শরুক্তী মতমদা রামমোহন রায়না ইহান হান্না ফংগে হায়না হোৎনরম্বা পান্দম অদোমদা দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর ( ১৮১৭-১৯০৫ ) অমসুং মাগা হোৎনমিন্নবশিংনা শতাব্দীগী চহী নিফুতরকপগী মচিনতৈদা খুমাং চাওশিনবা ঙম্মী, হায়বদি সাহিত্যগী লেমজনবগী মশক ওইরবা খুৎই অমনবা লাইরিক্তা ইনরম্বা গদ্য খুৎইগী অমম্বা লম্বী অদুদা লাম্হোকহল্লম্মী। রামমোহন রায়গী হেক মতুংদা

ব্রহ্মসমাজগী মকোক ওইবা লুচিংবা অমসুং লাইরিক-লাইস্ত হৈবা কাঙবুনা মহর্ষি (অচৌবা ঋষি) হায়না ইকাই খুম্নখিবা দেবেন্দ্রনাথনা ব্রহ্মসভাগী (তুংদা সমাজ হায়না কৌখিবা) অমসুং সভাসিগী লাইরিক লাইস্ত তম্বীনবগী শাখা তত্ত্ব বোধিনী সভাগী (১৮৩৯ দা লিংখৎখিবা) মুখপত্র 'তত্ত্ব বোধিনী পত্রিকা' কৌবা থা থাদা থোকপা চেক্লাং অমা পুথোক্লক্লী। মহাক্না ব্রহ্মসমাজগী কাঙবুদা পীখিবা ধর্মগী পাউতাকশিং অসিদগী খঙবদি দেবেন্দ্রনাথ গদ্য খুৎইদা হ ক্তনা ইবা লেথক অমনি হায়বসিনি। চিঠি ইবগী মওংদা ইবা খুৎইনা অমুক্তা হেন্না চঙথো স্মী অমসুং মাগী খুৎহগী রীতিশিং মা মচাক্সপা ইহন হনবা অমসুং ইত্তোন তোকপা মথংশিংনা দ্বিজেন্দ্রনাথ অমসুং রবীন্দ্রনাথ কৌবা বাংলা গদ্য অমসুং পদ্য খুৎইদগী ফজনা ইবশিং মসুং চনবা লেথক অনীসিনা উত্তরাধিকারী ওইনা লৌখোই। ঠাকুরগী ইমুং মচুংগা য়াম্না চান্নখিবা রাজনারায়ণ বসু তত্ত্ব বোধিনী পত্রিকাগী শরাইবা প্রবন্ধ হবমা ওইরমী।

পত্রিকা অসিগী অহানবা হৌরকপা চহী তরানিথোইগী সম্পাদক অক্ষয় কুমার দত্তনা (১৮২০-৮৬) ওইরম্মী। খঙবদা কান্নরবা রা ভাক্তা যাওবা প্রবন্ধ কয়ামরুম পত্রিকাসিগীদমক মহাক্না হরম্মী। প্রবন্ধশিং অসি (অযাম্বনা ইংরাজীনা হবশিংদগী লৌথোকপনি) থোমজিন্দনা লাইরিক ওইনা ফোঙলম্মী অমসুং লাইরিকশিংত্ত স্কুল অমসুং কোলেজশিংগী তম্নবদমক লৌশিনখিরম্মী অমসুং মতম য়াম্না শাংনা তম্নথিরম্মী। দত্তনা লমচৎ ফজবা তম্বীনবগী হবা লাইরিবশিং খুৎইনা পান্নরম্মী। ভারত মচাশিংগী মরক্তা মহাক ইহান হানবা বিজ্ঞান তমখিবা মীওক অমনি। মহাক্কী খণ্ড অনীগী লাইরিক 'ভারতবর্ষের উপাসক সম্প্রদায়' (ভারতবর্ষগী ধর্মগী কাংলুপ ১৮৭০ অমসুং ১৮৮৩) শ্রী এইচ উইলসনগী ketch on the heligious Sects of Hindus (এশিয়াটিক রিসার্চেস ভোল্যুম ১৬ অমসুং ১৭ শুবদা যেতখিবা) হায়বদুদা হরিবদুদগী থরা হেন্না ফগৎহন্দুনা অমসুং চাউথোকহন্দুনা ইবনি অমসুং গবেষনাগী তুংকোইনা লৈহৌরগদবা মমল লাইব্রবা লাইরিবি। দত্তগী মিৎয়েং বৈজ্ঞানিক ওই অমসুং অবরবা অমসুং অচাবা রাহৈ থরতা শিন্দিন্নদুনা ইবা মাগী গদ্যরীতিগী খুৎই অনিগা মপুরৈংগী ক্রিয়মগা চপ চানৈ। মাগী খুৎইদা সাহিত্যগী হৌনবা থোৎলৌবগী অমেঙবা মতো য়াওদে তৌইওঘসুং খুৎই অসিনা অরাৎপা অমদি মেনশিল্লমী, হায়রদি, অচাবা লোন্দা ফোঙদোরিংলিবত্ত চপচানা ফোঙদোক্তুনা থঙহনবা ঙম্লমী।

দত্তগী রচনারীতিদা অরাৎপা লৈরবা পুম্নমক ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা (১৮২০-৯১) মেনখৎলম্মী। বিদ্যাসাগর তত্ত্ববোধিনী পত্রিকা পুথোক্লবা হোৎনবদা অক্ষয়কুমারগা দত্তগা পুন্না লোন্নিন্নখিবা মীশক্নি। বাংলা সাহিত্যগী গদ্য খুৎইদা চপচানা

ফোঙদোক্লবগী মফোঙদোক মাঙহন্দনা ত্তাল অমস্তং লয়গী অচাবা চাং লেল্লুনা থমজিবসি বিদ্যাসাগরগী মপান্দগীনি। মহাক অচাবা ৱাহৈ কুপ্পা য়েংশিন্দুনা শিজিন্নখিবা ইহান হানবা বাংলা গদ্য হবা মীশন্নি। মৱম অসিদগী থেক-খোয়ৱবা অভিধানিক ৱাহৈ ফাওবা মহাক্রবু শিজিন্নবদি অত্তোঃ। লোনগী ৱাহৈ হাপচিনবদোনা চুশিন্নদবনচিংবা অমস্তা লৈখিদে।

বিদ্যাসাগরনা অযাকপা ৱা'হৈ শিজিন্নদুনা ইবদা থোক্লকপা খোঙ্গোত্তা অমেঙবা তাঙ্বা অমা য়াওরি; মসিগী মতৌ মাগী হৎই॥ মতৌ তমদুনা ইবশিং অমস্তং মতুং ইনবশিংগী মগুংদা থৱতং নক্তনা কনামক্তনা যৌবা ঙম্নরোই অমতং থোদোৌসিদা ৱবীন্দ্রনাথ ঠাকুর নক্তনা কনামক্তনা মঙোন্দগী অমুক হেনগদৌবা লৈত্রে।

তৱামাপনশুবা শতাব্দীগী মথায় অমস্তং অরোইবা চহী নমচৎশিংগী মফুংদা বিদ্যাসাগর মীথোই-মীহেনবা মীশক অমা ওইরম্মী। সংস্কৃতকী মৱমদা মাগী পাণ্ডিত্তা, অচুম-অৱান খঙনবগী চঙথোনবা বুদ্ধি, মীশইপোক্কী পুক্সিবু মতমগা চাননা কুপশিন্না উবা ঙম্বা, মপুক শেংবা অমতং অমকপা লৈত্রবা শাভৎনা ফুদোংলবা মথৌনা অমস্তং ক্ষত্রবা অমতং অৱানবগা মায়োক যাবদা হনবা নাইদবা মৱীংজেল পুন্নমক অসিনা মাবু মী পুন্নমন্না ইকাই খুম্নরম্মী। সমাজগী থবক্তা খঙদে মৱম্মাইগী থবক্তা খঙদে মতম পুন্নমক্তা মহাক অচুম্বদা মতৌরম্মী। সমাজ সংস্কারগীদমক মকম্থি ফুদোক্ত না হোৎনরি-বশিংগী মফুংদা খুঙাইগী থমাং চাওশিনবা বাথল লৈবরা মীশক অমা ওইরবস্তু বিদ্যাগাগর ইচম চম্বা পণ্ডিত অমগী পুক্সি মরেন্দা লেম্মী। সামাজিক জীবন্দা ধর্মগী ভাবনা পুন্নমক মৱম্মাইগীতা ওইনা থম্বা ঙমখিবা মীশক মহাক্তনি। মী অমগী চেনক্কম থোকপা ঙুণলোমদগী যেংবদা মরৈবাক মচাশিংগী মফুংদা মঙোন্দগী হেনগদৌবা মী পংৱাম ৱামলম্লোই।

বিদ্যাসাগরনা ইহান হান্না ইথিবা লাইরিকশিং থৱদু ফোর্ট রিলিযম কোলেজগী ছাত্রশিংগী তম্মনবগীদমক্নি। মাগী অহানবা তম্মনবগী লাইরিক্তা কৃষ্ণগী পুরাণ ৱারী ইরম্মী। ৱারী অসি কোলেজগী হৌগৎলকপগী ঙম্লিঙ মতমদা ছাত্রশিংনা তম্মনবা হিন্দীগী লাইরিক প্রেমসাগর কৌবা অমদগী লৌথোকপনি। তৌইগুম্বতং মসিগী লাইরিকসি শুকফোঙ ফোংথিদে। খৃষ্টাব্দ ১৮৪৭ তা ফোঙদোকখিবা মাগী অনীশুবা লাইরিক 'বেতাল পঞ্চবিংশতি' (বেতালগী ৱারী কুনমঙা) সংস্কৃতা ইবদগী লৌথোকপা তাক্তা নত্তে হিন্দীগী লাইরিক্তগী লৌথোকপস্ত য়ান্না য়াওই। বিদ্যাসাগরগী বেতালগী ৱারীশিং ফোঙদোক্লকপসি বাংলা গদ্যগী ইতিহাসতা শিংথানবা ৱাবা থোদোক অমনি। মসিগী মতুংদা পুথোক্লকপা মাগী লাইরিকশিংগী মফুংদা মঙা অমনা ইংরেজীগী

অদুগা অনী অমনা সংস্কৃতকী লাইরিকশিংদগী লৌথোকপনি। মমেগী অনী হায়রবদি, 'শকুন্তলা' ( ১৮৬৪ ) অমসুং 'সীতা বনবাস' ( ১৮৬০ ) অদুগা 'ভ্রান্তিবিলাস' ( সেক্সপিয়রগী Comedy of Errors দগী ১৮০৯ ) হায়রিবশিং অসিনা বিদ্যাসাগরগী গদ্য খুৎইগী থ্বাইদগী হেন্নাফজবা মতৌবু উৎলি। মহাক্না ইবা তম্নবা লাইরিকশিং বাংলা ময়েক্কী মরমদা ( বর্ণ পরিচযগী ) লাইরিক্তগী হৌরগা ভারতীয় আর্য লোন্দা হৌজিক ফাওবদা ইনরিবশিংগী মঙ্গংদা অথোইবা লাইরিক ওইরিবা প্রাথমিক অমসুং উচ্চতর সংস্কৃত ব্যাকরণগী লাইরিকশিং ( উপক্রমণিকা অমসুং ব্যাকরণ কৌমুদী ) অসি ফাওবনি। মহাক্না মথং মথং ওইনা থোমজিনখিবা সংস্কৃতকী রারেং কয়ামকমগী লাইরিকশিং বাংলাগী মঙ্গং অমসুং মপানগী লমশিংদা তম্ররম্মী। অসিগী মথক্তা কালিদাসকী থ্বাইদগী ফজবা লাইরিক অনীগী মরমদা অফ-ফত্ত নৈনদুনা ইবা লাইরিকশিং অমসুং মশানা সংস্কৃত্তা ইবা লাইরিক থরা অমগা ফোঙদোক্লম্মী। 'সংস্কৃত সাহিত্য বিষয়ক প্রস্তাব' ( ১৮৪১ ) কৌবা সংস্কৃত সাহিত্যগী আলোচনাগী লাইরিক মচা অদুদা অমসুং মহাক্না সম্পাদন তৌদুনা পুথোকখিবা মেঘদূতকী সংস্করণগী (১৮৬৮) ভূমিকাদা অমসুং টিকা শরুক্তা মহাক্না ইরিবদুনা বিদ্যাসাগরগী আলোচনা থোইদোক্না চঙখোনবা মতৌবু ফোঙদোকই।

বিদ্যাসাগরনা মহাভারত অনুবাদ তৌদুনা গদ্যদা ইথোক্লম্মী অমসুং তত্ত্ববোধিনী পত্রিকাদা মথং-মনাউ নাইনা হাপ্লম্মী। মহাভারতকী অহানবা থগ্গী শরুক অনুবাদ তৌবা লোইরগা মথাগী শরুকশিং অনুবাদ তৌথনবা অমসুং ফোঙদোক্লবা অদুগা লেরসু রেস্থোরবগীদমক কালীপ্রসন্ন সিংহ কৌবা থবকসি পাঙথোকপদা মতিক চারবা অমসুং মরন-মথুমসু নৈবা মীশক অমদা শিন্নরম্মী ( ১৮৫৯-১৮৬৬ )। বিদ্যাসাগরনা কালীপ্রসন্নগী থবক্তুবু য়েংশিন্নম্মী।

বিদ্যাসাগরনা ইবা অচৌবা লাইরিকশিংদি তর্কশাস্ত্রগী রা যাওবা লুহ্রা লুহোংববু শোগত্তুনা ইবা ( খণ্ড অনীগী ১৮৫৫ ) অমসুং মুপী লোনববু যানিংদবগী মরমদা ইবা ( খণ্ড অনীগী ১৮৭১-১৮৭৩ ) অনীসিনি। অহানবগী লাইরিকসিনা Widow Marriage Act ( লুহ্রা লুহোংবা য়াবগী আইন ) খৃষ্টাব্দ ১৮৫৬ তা চৎনহনখিবদা মতেং পাংলম্মী। মুপী লোনববু কন্না শোগৎখিবা পণ্ডিতশিং থর॥ মরমাই মরমচৎশিংবু য়ানিংদবগী করেম-কথাইনদুনা মশিং থাদনা ইথিবা লাইরিক অনীদু বিদ্যাসাগরনা ইথিবনি হায়রনৈ; লাইরিকশিং অসি খৃষ্টাব্দ ১৮ ৩ দা ফোংথিরম্মী। মসিদা ইরিবা খুৎই মচু তাইবা অচাবা রাহৈ ভাকা শিজিন্নে অমসুং পাবদা হুংঙাই।

বিদ্যাসাগর পণ্ডিতশিংগী পণ্ডিতনি। সরকারগী সংস্কৃত কৌলেজদা (খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ দা লিংখৎখিবা) ছাত্র ওইরিঙৈ হাক্তক্তা ফাওবা মাগী মপাদা য়াওখিবা পাণ্ডিত্যগী প্রতিভা অমসুং কোলেজ অসিগী প্রিন্সিপাল (খৃষ্টাব্দ ১৮৫২-৫৮) ওইরিঙৈদা মায়পাক্লা পাঙথোকখিবা মাগী থৌদোনা মাগা শিনফম তিন্নবা অমসুং হৌমিন্নবা মহাক্তা মান্নবা সংস্কৃত খঙবা হৈবা মীশক কয়ামকম লৈরম্লবস্ত মহাকপু মকোক থোংবা পণ্ডিতনি হায়না য়ানখিরম্মী। বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যনা য়ৌথিবা থাক অতু য়ৌনবা তানবদা বিদ্যাসাগর য়াম্না ৱারম্মী, মহাক্লা অমুক্তা হেন্না ৱাখিবদি মহাক মশামক্ত পণ্ডিত অমা ওইনা মহাক্লা অৱাংবা থাক্তী গদ্য খুৎইনি হায়না চৎনরিবা থেক-থোইরবা ৱাহৈ-ৱাতা ময়াম পুনশিন্নদুনা শেম্নবা ৱাহৈ-লৈরোং অমসুং পণ্ডিতশিংনা খঙগদৌবা লুয়বা ৱাহৈশিংতা শিজিন্নদুনা ইনরম্বা খুৎই অদুদগী বাংলা গদ্যবু নাম্থোকহল্লনবা হোৎনখিবা অদুদনি। মহাক্লা অসুম্না হোৎনবদগী বাংলা গদ্যনা হায়রিবা অৱাংবা থাক্তী খুৎইসিদগী নাম্থোকপা ঙমখিরম্মী। মসিগীদমক বিদ্যাসাগরনা ফংখিবা অভিনন্দন হায়ববু মশক মমিং তাক্তবা পণ্ডিত অমনা মহাক্লা ইবা খুৎই ইন্নাই লাইনা খঙহনবা মরম্না তুকচনিংঙাই ওইবা খুৎইনি হায়না মাবু নাকোইননা চৈথিরম্মী।

সংস্কৃত কোলেজগী অধ্যাপকশিং অমসুং থাযনগী ছাত্রশিংনা সংস্কৃতকী লাইরিক-শিংদগী লৌথোক্লুনা বাংলা গদ্যদা ইবদা বিদ্যাসাগরগী গদ্য রীতিবু লৌদুনা ইনরম্মী। মসিগী মরম মানা ইবা তম্নবা লাইরিক্তা য়াম্না চম্না অমসুং ফজনা ইবদুগী ঙাক্তা নত্তে, অতে মরমসু লৈরম্মী। সংস্কৃত কোলেজগী ওল্লিঙৈ মতমগী লেখক কাঙবুগী মরক্তা তারা শঙ্কর তর্করত্ন অমসুং রামগতি ন্যায়রত্ন শিংথানবা য়াই। তর্করত্ননা বাণভট্টগী গদ্যদা ইবা রমন্যাস কাদম্বরী শমজিন্দুনা অনুবাদ তৌরম্মী। ন্যায়রত্ন লাইরিক কয়ামকম ইরম্মী, মথোয়সিগী মরুংদা বিদ্যাসাগরনা সংস্কৃত সাহিত্যগী মরমদা ইবা প্রবন্ধগী লাইরিক অমগী নমুনা লৌদুনা ইখিবা বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাসকী লাইরিক (১৮৭২-৭৩) শিংথানবা য়াই। মশামক ব্রাহ্মণ পণ্ডিত নত্রবসু নীলমণি বসাক সংস্কৃত কোলেজগী মায়পাক্লা গদ্য ইথিবশিংগী মরুংদা অমনি। মহাক্লা ইংরেজীদগী লৌথোক্লুনা পারস্য উপন্যাস অমা বাংলা পদ্যদা ইরম্মী; মসিনা মাগী অহানবা লাইরিক্তি (১৮৩৪)। সিগী তুংদা ইংরেজীগী *Arabian Nights* (আরবকী ৱারী) দগী অনুবাদ তৌবা লাইরিক অমগা পুথোক্লম্মী। লাইরিকসিগী অহানবা খণ্ড খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ দা ফোঙলম্মী। ভারতকী পুরাণশিংগী মমিং চৎলবী মুপী মাপনগী পুজি ৱারী ইবা 'নবনারী' (মুপী মাপন, খৃষ্টাব্দ ১৮৫২) মহাক্লা ইখিবা লাইরিকশিংগী মরুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি। লেখক্লা মাগী ৱাহৌদোক্তা হায়বগী মতুংইন্না লাইরিক অসি ফোঙজিন্নৈগী মরাঙদা বিদ্যাসাগরনা পারম্মী। বসাকী অতে লাইরিকশিংগী মরুংদা

খণ্ড অহুমদা ইবা ভারতবর্ষগী ইতিহাস (১৮৫৬-৫৮) পনবদা মতিক চাই। মসি ইংরেজী লাইরিকগী লোথোক্কনা ইবনি হৌইগুম্বহং ইরিবা লোন্দা মতান্নুনা মসিগী মতৌ অমত্তা উবা ফংদে। ইরিবা লোল চম্মী অমসুং ইরাই লাই।

হিন্দু কোলেজগী লেখকশিংনা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৩ দগী তত্ত্ববোধিনী পত্রিকাদা ইবা হৌরবস্ত্র হিন্দু কোলেজ কাংবুগী মতুঙ চনবা সাধারণ লেখকশিং হায়বদি আনন্দচন্দ্র বেদান্তবাগীশ, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, হেমচন্দ্র বিদ্যারত্ন অসিং-শিংবগী প্রভাব মখোয়দা ইকুই কুইদনা চংখিরম্মী। হৌইগুম্বহং হিন্দু কোলেজগী ওহ্লিংডৈ মতমগী ছাত্রশিং, দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, প্যারীচাঁদ মিত্র (১৮১৪-৮৩) অমসুং রাজনারায়ণ বসু (১৮২৬-১৯০০) অমসুং থরা থেংথরকপা মতমগী দ্বিজেন্দ্রনাথ ঠাকুরগুম্বা ছাত্রশিং থরদদি প্রভাব অসি চংবা ঙমখিদে। হিন্দু কোলেজগী লেখক কাংবুনা ইংরম্বা হৎইগী রীতি অনী ওই, অমনা অরাংবা রীতিগী অমনা অনেম্বা রীতি। অরাংবা রীতিগী ওৎইশিংদা সংস্কৃত কোলেজগী কাংবুনা ইথিবদোৌনা অদুক হায়। রাখল চংবা পংয়াও য়াওদে অদুগা অনেম্বা রীতিগী শরুক্তনা লেম্বা রাৎপা অমসুং অচোপ-অরেম থংদবা রাংাংনচিংবা অমত্তা য়াওদে। হিন্দু কোলেজদা তম্লম্বা ছাত্রশিংনা হোৎনখিবসি রচনারীতিগী অদুক হায়্না নৎলমদে বাংলা সাহিত্যগী তুংগী আশা অমসুং ফিরেপ করম লেপবদগে হায়বসিনা মরু ওইরম্মী। প্যারীচাঁদ মিত্র অমসুং ভূদেব মুখোপাধ্যায়না বাংলা উপন্যাসকী মরু হুন্নম্মী অদুগা মাইকেল মধুসূদন দত্তনা বাংলা কবিতাগী লমদা অচৌবা ঈংহৌগী বিপ্লব অমা থোকহল্লম্মী।

## তরাতরুকশুবা পন্দুপ

# নোংচুপলোমগী রঙ্গমঞ্চ অমসুং বাংলা নাটক্কী ওল্লিঙৈ মতম

ইংরেজী অমসুং য়ুরোপকী লৈবাক অতৈ অতৈগী থায়নগী অমসুং হৌজিক্কী মতমগী সাহিত্যগা মহাউ চনীং তানা চুপশিল্লিঙৈ মমাঙ ফনা য়াম্না কাথৎপা মতমদগী হৌনা মথোয়গী রঙ্গমঞ্চগী কলা কৌশল লোমদা নহা এইরিবা বঙ্গদেশনা মপুক্লিং চঙবা হৌরবনি। তৌইশুবসুং মসিনা মতমতুগী কলকাতাগী সমাজদা চৎনরম্বা মরাই চাযথরবা সাহিত্য অমসুং ঈশৈগী শক্তম অতুবুতা ময়েক শেংনা উহল্লম্মী অমসুং চৎনদুনা লৈরিবা সাহিত্য অমসুং ঈশৈগা মতৌদুবু তরামাপনশুবা শতাব্দীগী চহী হুন্দ্ফু শুরকপা মতাঙ যাওবদা হিংহন্দুনা থল্লম্মী। গেরাসিম লেবেডেফ কৌবা মরাইবক য়েংবা লাকপা অমসুং মশাগী পীথোরকপা মশুন য়াওবা রুশী মচা অমনা মতম থজিক্তুমক হিংলম্বা বেঙ্গলী থিয়েটার কৌবমা মযায় কলকাতাদা লিংথৎলম্মী অমসুং মফমতুদা মহান্না বাংলাগী প্রহসন নাটক ঈশৈ য়াওবা অমা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৫ গী নবেম্বর তারিক ২৭ তা পুথোক্লমী। নাটক অসি যেংবা মী য়াম্না তিল্লম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৭৯৬ মার্চ থা। তারিখ ২১ দা নাটকসি অমুক্কা হন্না শান্নরম্মী। লেবেডেফনা মাগী *Grammar of the Pure and Mixed East Indian Languajes* কৌবা লণ্ডন্দা খৃষ্টাব্দ ১৮০১ দা ফেঙথিবা লাইরিক্কী রাহৌদোক্তা ইরম্বগী মতুংইন্না নাটক অসি জোডবেলনা ইবা ইংরেজী নাটক *The Disguise* কৌবা লাইরিক্তুদ ॥ (মসি পংথঙ থঙনদবা নাটক্নি) মহাক্না মাগী বাংলা তম্বীবা ওঝা গোলোকনাথ দাসকা পুন্না তান্নমিন্নদুনা বাংলাদা রূপান্তর তৌরম্মী অমসুং মাগী লাইরিকসিবু পণ্ডিত জগন্নাথ পঞ্চানন্না ফরে হায়না য়াবিরম্মী। বাঙালীশিংনা মসুং হুক্তিনবা অরুবা ভাবতগীদি করেম-কথাইনবগী রাবুনা হেন্না পাম্মী লৈবাকসিগী নাটকশিংদা ঈশৈনা মপুং ওইনৈ অমসুং নোক্নিংনবগীদমক মীওই-লাল্লুপ চাদবগী শত্তম লাংবগী শরুক য়াওহল্লি হায়বসি থঙদুনা মহাক্না মতমতুদা য়াম্না পাম্নরম্বা ভারতচন্দ্র রায়গী বিদ্যাসুন্দরদগী ঈশৈ থরা লৌথোক্তুনা করেম-কথাইনবগী মতাং থরগা মাগী নাটক অসিদা হাপচিল্লম্মী। নাটক অসি গোলোকনাথনা মসিগীদমক অতম্না নেকথিবা ভারতমচা নট-নটীশিংনা শান্নরম্মী।

লেবেডেফকী অনীরক শান্নখিবা নাটক অসিনা অয়েংবশিংবু য়াম্না হুংঙাইহনখি। মসিদা য়াওরিবা করেম-কথাইনবগী দৃশ্যশিং অমসুং অপাম-হুংশিগী ঈশৈশিং অহুবু মখোয়না থোইদোক্না পাম্নখিরম্মী। লেবেডেফকী মায়পাকপগী মতম য়াম্না তেনম্নবম

অমসুং ফাগী-ফারাংগী *Love is the Best Doctor* কৌবা ইংরেজী নাটকগী বাংলাদা লৌথোকখ্রবা ইথিবা মাগী অথংগী নাটক রঙ্গমঞ্চদা পুথোকপা ঙমখিদ্রবসু, মহাক মশাদি থগজদনা, লেবেডেফনা মতমগী থরা হন্দ্রগ তৌবা থাক্কী যাত্রা লীলাদা অনৌবা স্রাওল অমা থোকহনখিরমী। মতমসিদগী হৌনা কলকাতাদা চৎনরকপা অনৌবা যাত্রা লীলাশিংগী সীয়াম্না পাম্নবা। বিষয়বস্তু ভারতচন্দ্রগী বিদ্যাসুন্দরনা ওইরমী অমসুং মরক মরক্তা অনেস্বা মথলগী চরিত্রশিংনা নোক্নরবগীদমক ওইবা ফাগী-ফারাং তৌহল্লবগী মতাংশিং হেক হেক হাপ্পরমী। অসিগুম্বা মথলগী হন্নবা থাক্কী যাত্রা লীলাশিং অসিগী প্রভাব কয়া চঙশিনখিবনা মরম ওইদুনা বাংলাগী গীতি নাটক অমসুং লেস্রা স্রাৎপা নোরিংনবগীতা ওইবা যাত্রালীলা তরামাপনশুবা শতাব্দী লোইবা ফাওবদা কয়া চৎনদুনা লৈথিরমী।

মথংদা রঙ্গমঞ্চদা শান্নথিবা অমসুং মতুগী মরমদা ঐথোয়না থরা থগবা বাংলা নাটক্কি অহাং কলকাতাদা লৈবা নবীনচন্দ্র বসুগী য়ুমদা খৃষ্টাব্দ ১৮৩৫ ওক্তোবর থাগী অথেঙবদা শান্নথিবা নাটক অদুনি। মসি বিদ্যাসুন্দরগী ৱারীদা তাংলগা ঊশৈতগী ওইবা নাটকনি অমসুং নট-নটীশিং পুময়ান য়ানশিন্নদুনা শান্নথি। নাটকসিদা কুমথিবী ফুপীশিং কীর্তন শকপনা পুন্সিগী মশিঙাং ওইরবী, কথিগান শকপীশিং অমসুং জগোয় শারীশিং ওক্তনি; মথোয়না বিদ্যাসুন্দরগী ৱারীগী মুপীশিংগী শকতম লাংবদু য়াম্না পকচরমী।

মরক অসিদা ইংরেজী শিক্ষা ফংলবা মীগী মশীং অহুম অহুম হেন্নৎলকখ্রী অমসুং হিন্দু কোলেজগী ছাত্রশিংনা সংস্কৃতি চাওখৎনবা হোৎনবদা অমসুং সমাজ সংস্কার তৌনবগী মায়কৈদা মীয়ামগী মফমদা ঊহো অমা পোকহল্লমী। মরম অসিনা অনৌবা থোক্লক্লিবা রঙ্গমঞ্চগী থোঙথাং অসোমদা মথোয়গী মিৎয়েং চঙবা হাযবসি মশানা তাবরা ৱাফম্ৰি। প্রসন্নকুমার ঠাকুরনা মাগী মরুপ-মপাংশিংগা লোইননা হোৎনমিন্নদুনা নোংপোক কলকাতাদা লৈবা মাগী লৈকোনগা কোম্নরবা ইথোম্নংদা 'হিন্দু থিয়েটর' কৌবমা লিংথৎলম্মী। খৃষ্টাব্দ ৮৩১ গী ডিসেম্বর তাং ২১ দা সেক্সপীয়ারগী জুলিয়স সিজরগী লোথোকপা শরুক থরগা অমসুং ঐচ ঐচ উইলসননা ভবভূতিগী উত্তর রামচরিতগী (রামগী অরোইবা থৌদোশিং) ইংরেজীদা অহুবাদ তৌবা থরগা অভিনয় তৌদুনা উৎপগা লোয়ননা হায়রিবা থিয়েটর অসি হাংদোকখিরমী। হিন্দু কোলেজগী ছাত্রশিংনা নাটকশিং অসিগী অভিনেতাশিং ওইরমী।

তরামাপনশুবা শতাব্দীগী চহী কুমন্না, নিঙ্গ অমসুং য়াথৈ চনশিন্নকপা মতাংশিংদা বাঙালী ছাত্রশিং অমসুং নট-নটী ওইদুনা চরা ফানবশিংনা ইংরেজী নাটকশিং মফওইনা

সেক্সপীয়ারগী নাটকশিং শান্নবসি ইংরেজী শিক্ষা ফংলবা কলকাতাগী কাঙবুনা য়ায়া পায়রম্মী। অসিগুম্বা নট ওইবনা পুন্সিগী মশিঙাং ওইবা বৈষ্ণবচরণ আঢ্য 'সাঁ সুসি' (Sans Souci) থিয়েটরদা ওথেলোগী শক্তম লাংবদা (আগষ্ট, সেপ্টেম্বর, ৮৮৪৮) মমিং চৎখিরম্মী। অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফমশঙ থরদা সেক্সপীয়ারগী নাটকশিং চাং নাইনা হেক হেক শায়রম্মী।

য়ুরোপকী রঙ্গমঞ্চগী পুক্নিং হুনা নিংথিজবা অমসুং ইংরেজী নাটককী অশোবা অভিনয় অসিনা সাহিত্যগী মিংচৎ পায়রবা মীওই থরদি কবিতা ইবগী মহুত্তা বাংলা নাটক ইবদা মপুক্নিং চঙবা হৌরক্লম্মী। সংস্কৃত নাটককী অনুবাদ তৌবা অমসুং লৌথোক্লুনা নাটক ইবা সংস্কৃতকী পণ্ডিতশিং থরা হোৎনজমন মহৈ ফংদনা অমসুং অন্দে-মান্দেনা নাটক ইরম্মী, অনুবাদ তৌরম্মী। অহানবা বাংলাগী মৌলিক নাটকী লাইরিক অনীথক খৃষ্টাব্দ ১৮৫২ দা থোক্লক্লম্মী। অমনা সংস্কৃত নাটকী মওংদা মহাভারতকী ৱারীগী মতাং অমনা বিষয়বস্তু ওইদুনা ইবা পোলোইদা হুংঙাইনা লোইশিনবা নাটক্নি অদুগা অতোপ্পা অমনা য়ুরোপলোমগী থৎইগী নমূনাদা বাংলাগী ফুঙ্গাৱারী অমনা বিষযবস্তু ওইরগা অরোইবদা অৱা-অনাগী থৌদোরা লোইশিনবা নাটক্নি। অইবা লেথক অনীমক ইংরেজী হৈরম্মী। তারাচরণ শিকদারগী 'ভদ্রার্জুন' নাটক অর্জুন মা সুভদ্রা হুবগী ৱারীগী নাটকনি। অইবনা মসিদা য়াওরিবা থৌদোক-ৱাথোক অমসুং মদুগী পরিবেশ উৎপদা অদুগা নাটকী মতাঙশিং দৃশ্যশিংদা থায়দোক্লুনা শেমদা য়ুরোপকী নাটকী নমূনা লৌরম্মী (দৃশ্য থায়দোকপগী খুৎইসি সংস্কৃত নাটকশিংদা থক চৎনবমদে অমসুং মসিগী নাটকসিগী হাক্তকগী হৌদুনা মসিগী মওংসি থাদোকফম্রবা নাটকী মচাক অমা ওইনা চৎনবা হৌখিরম্মী।) সংস্কৃত নাটকী তঙাইফদনা চঙদবা য়াত্রবা মচাক অনী, হাযবদি অভিনেতা অমসুং অশিন-অরাং তৌরিবা মীগী প্রস্তাবনাগী (নন্দীগী) শরুক অমসুং ফাগী-ফারাংগী (বিদুষকী) শক্তম লাংবা মী অমা নাটক মশাদা য়াওবা হায়রিবা অনীসি 'ভদ্রার্জুন' নাটক্তা য়াওরমদে। অদুমকপু প্রস্তাবনাগী মওংদা নাটকী শন্নপ্পা ৱারী অমসুং নাট্য কলাবু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা শৈথাবা শৈরেং অমদি য়াওরম্মী। 'ভদ্রার্জুন' গদ্য অমসুং পদ্যদা ই অমসুং মসিদা ঈশৈগী শরুকসু য়াওই। নাটক্লোমদগী য়েংলবদি মসি মমল পংয়াও য়াওদে অমসুং রঙ্গমঞ্চদসু থক শায়রিদে। মতমদুগী বাংলা সাহিত্যগী জগত্তা য়ুরোপলোমগী নাটকী মতৌ মওং লৌশিনবা পাম্মিদে; মরম অসিনা লমজিং পীনিংঙাই ওইবা লাইরিকশিবু কনামতনা খওইনা তৌরমদে। নাটকশিবু ইথিবা কলকাতাগী শীংথানরবা মহৈ তমকফমশঙ অমগী অকগী ওবা ওইবা নাট্যকার মথং

নাটক অমমুক ইনিংখিদে। গোবিন্দচন্দ্র গুপ্তগী 'কীর্তিবিলাস' নাটকসু গদ্য অমসুং পদ্যদা ই অহুবু খুৎইদি থায়নগী অরিবা ওইনা তৌই অমসুং ভদ্রার্জুনগা য়েংনরুবদা মচু তাবা য়াংলি। বিষয়বস্তুসু নিংথিনা শেমদে। নাটকসী মতাঙ শরুকশিং দৃশ্য কয়াম ৮ম থোক্লা থায়দোকই অমসুং থায়নগী প্রস্তাবনা লেঙদনা থম্মী। নায়কসী চরিত্র শেম্বদতা নত্তনা ঘটনাশিং শেমগৎপদসু সেক্সপীয়ারগী হেমলেটকী প্রভাব ফজনা চঙই। সংস্কৃত নাট্য শাস্ত্রদা য়াদে হায়না থিংলম্বা অরাংবা থৌদোরা লোইশিনবা নাটক লেখরা ইরম্মী। লেখক্লা মাগী য়াংলৌদোক্তা নৈবাকসিগী মশাগী ওইনা নৈজরক্লবা যাত্রা লীলাশিংগী অভিনয়গী অমসুং বিষয়বস্তুগী মরমদা অচুম্বা অভিমত পীহনা অমসুং য়ুরোপকী নাটকপু থাগত্তুনা য়াম্না শাংনা ইরম্মী।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫৩ দগী হৌনা বাঙালী নাট্যকারশিংনা নাটক ইবদা মওং অনীথক চৎনরম্মী, অমনা ইংরেজীগী মওইনা সেক্সপীয়রগী নাটকশিংদগী অনুবাদ তৌতুনা নত্রগা লৌথোক্তুনা ইবা অতুগা অনীশুবদনা, সংস্কৃতকী নাটকশিংদগী অনুবাদ তৌতুনা নত্রগা লৌথোক্তুনা ইবা। ইংরেজী নাটকশিংদগী লৌথোক্তুনা ইবা নাটকশিং অরেম্বা কান্নদ্রবা ঙাক ওইরম্মী অমসুং রঙ্গমঞ্চদসু থক শান্নথিদে অতুগা শীংসু শীংথান-থিদে। সংস্কৃত নাটক্তগী লৌথোক্তুনা ইবশিং থুাইনা পায়রম্মী। অসিগুম্বা নাটক রামনারায়ণ তর্করত্নগা 'রত্নাবলী' (অহানবা শান্নথিবনা খৃষ্টাব্দ ১৮৫৮ গী জুলাই থাগী তাং ৩১ দা পাইকপাড়াগী লৈকোন্না লৈতেংলবা নিংথৌগী শঙ্গাইদা শান্নথিবা) নাটক্না বাংলা নাটকপু মীযাম্না পান্নবা হৌহনখিবনি হায়না লোবা যাই। মমৈদা ইনরকপা সেক্সপীয়ারগী নাটকশিং থরদগী লৌথোকপশিং হান্না হথিবশিং অতুদগী থবা হেন্না ফগৎলম্মী অমসুং মথোয়শিং অসি তরানিপানশুবা শতাব্দীগী ময়াধ চহকপা মতম অমসুং অথেঙবা চহী হুমযুতরা চনশিল্লবপা অতুরাইদা লম্নাই অমসুং মীযামগী রঙ্গমঞ্চশিংদা মায়পাকপগা লোইননা শান্নথিরম্মী। অসিগুম্বা নাটকশিংসিগী মনুংদা 'সিমবেলিন' (Cymbeline) দগী লৌথোক্তুনা ইবা চন্দ্রকালী ঘোষকী 'কুসুমকুমারী' (১৮৬৮), হেমলেটতগী লৌথোকপা হরলাল রায়গী 'রুদ্রপাল' (১৮৭৩) অমসুং ওথেলোদগী লৌথোক্লগা শমজিন্দুনা ইবা তারিণীচরণ পালগী 'ভীমসিংহ' (১৮৭৪) অসিনচিংবসি শনবা য়াই।

তরানিপানশুবা শতাব্দীগী চহী য়াঙ্খিশুরকপগী অথেঙবা অমসুং হুমফুশুরকপদগীনা অহৌবা মতম অসিরাইদা বাংলা নাটকনা থুমাং চাওশিনখিবনু তান চারুবদগীনি। লম্নাই লিংখৎপা নাট্যমঞ্চগী কাঙবুনা হোৎনবদগীনি মতমদুদা নাটক ইনিংংা পোক্লখিবা,, অদুবু ফংলকপা য়হৈদি থল্লবগা য়াম্না লাপ্পরম্মী। মসিগী মহুৎচন্দরা

থরবুদি য়াওরম্মী তৌইগুম্বসুং মথোয়গী রঙ্গমঞ্চদা উৎপদা অকরবা নিয়মশিং ঙাক্না ইবা থুংইদি নত্তে।

নোংচুপলোমগী শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী প্রভাবনা ইহান হানবা অমসুং থৌরাইদগী কল্লবা ঙহৌ পোকহনখিবসি সমাজ সংস্কারগী রাখল্লি। অদুবু অঙেবপা অমদি মসিগী ঙহৌ অসি ইংরেজী শিক্ষা ফংখিবা নহারোনশিংনা ইবদা যাওরিবা অদুনা সংস্কৃত শিক্ষা ফংবশিংনা ইবদা যাওরিবদগী হন্থরম্মী। অকোনবগী কাঙবুসিগী লুচিংবা বিদ্যাসাগরনা ওইরম্মী অমসুং মসিগী ভাব অসি মহাক অমসুং মহাক্কা নোমমিন্নবশিং, মাগী ছাত্রশিং অমসুং মহোন্দা শ্রদ্ধা লৈবশিংনা ইবা সাহিত্যদা ফোঙদোকই অমসুং মসিগী পান্দমকম ফংনবা তকশিন্নি অদুগা থবক থোদো ওইনা উৎপদি রাৎলম্মী। হিন্দু কোলেজগী ছাত্রশিংনা রঙ্গমঞ্চদা শান্নবা অমসুং সেক্সপীয়ারগী হংঙাইবা অমসুং অরাবা থোদোনা লোইশিনবা মথল-মথলগী নাটকশিং অনুবাদ তৌবদা মথৌ চিল্লিঙৈ মতমদা সমাজগী থৌরাইদগী হকাইনিংঙাই ওইরবা চৎনবী অনীথক্কী মরমদা ইবা নাটক অমগী পরিচালনা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনা তৌরম্মী। রামনারায়ণ তর্করত্নগী ( ১৮২২-১৮৮৬ ) 'কুলীন কুলসর্বস্ব' ( শাগৈ জাৎনা ব্রাহ্মনগীদি অথোইবনি ) কৌবা খৃষ্টাব্দ ১৮৫৪ দা পুথোকখিবা নাটকসি শাগৈজাৎ ফরবা ব্রাহ্মন কাঙলুপকী সামাজিক শাজত্না য়াম্না হন্থনা চৎলিবা শাজৎপু ফোঙদোক্তুনা ইবা ইহান হানবা নাটকনি। হৌখিবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা মতম অদুরাইদগী হৌনা সমাজচিত্রশিং করেম-কথাইনদুনা উৎপা লমসিগী যাত্রা পাঁচালী ঈশৈশিং মীযাম্না থৌরাইদগী হেন্না পাম্নরম্মী। অসিগুম্বা চিত্রশিং করেম-কথাইনদুনা ইবসি ভবানীচরণ বন্দোপাধ্যায়না ইবা গদ্য রারেংশিংদা অমসুং ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী পদ্যদা হান্ননা য়াওরবনি। তর্করত্নগী রারেংশিংদা মতমদু ৷ সমাজদা চৎমরম্বা মতমগা চানরবা, অপঙবা তারবা অমসুং মাঙ-তাক্লনবগী মশক ওইরবা সমাজগী চৎনবীশিং অমসুং ধর্মগী রীতি নিয়মশিং অসিবু করেম-কথাইনদুনা মথং মথং ইথবদগী হেন্না কন্নিস্থ য়াওদে হাযবসি অচুম্বনি। মানা ইন্নম্বত্ত নাটক নত্তে; অদুম ওইনমক লৈবাকসিগী মরম্নাই মচাক্লা বিষয় ওইদুনা প্রহসন ইহান হান্না ইবা হৌনখিবসি মহাক্কী মপান্দগীনি হায়বা য়াই।

'কুলীন কুলসর্বস্ব' ইখিবসি শাগৈ-জাৎ ফরবা ব্রাহ্মনশিংগী মরক্তা চৎনরিবা লুহোংথোঙদোংবগী ফজরবা চৎনবীগী মরমদা ইবা নাটক্তা লুপা য়াথৈ মনা পীগনি হায়না লাউথোকপদগীনি। মসিগী মতাংশিং মপুংওইবা রারী অমা শাগৎলবগীদমক মওং তানা চুশিনহন্দুনা ইবা নত্তবনিনা মসি ফাগী-ফারাং ( প্রহসন ) জাৎকী থুংইমক্কি

হায়বহ্ন য়াদে। মসিগী পদ্যশিংগী শরুক্তা ভারতচন্দ্রগী প্রভাব ময়েক শেংনা তাই। অতুম্নকপু রঙ্গমঞ্চদা মসি মতম থরদি য়াম্না মায়পাক্না শান্নখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৬৬ তা ফোঙথিবা তর্করত্নগী 'নব-নাটক' (অনৌবা নাটক) য়াম্না শঙ্গাক্লা অমসুং থরস্থ হেক্তিম্না ইবা নাটকনি। মসি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মচিন মনাও-শিংনা পোকপা মচাশিংনা লিংথৎপা রঙ্গালয়গীদমক ইথিবনি অমসুং ঠাকুরগী অহল-লমম্না থখিরবা য়ুমদা মায়পাক্না শান্নখি। দীনবন্ধু মিত্রগী 'নীলদর্পন' নাটকী অরোইবা দৃশ্যদা ভৌথিবদু লৌতুনা মসিসু অরাবা থোদোক্না লোইশিল্লি। নাটক শান্নরিডেদা লীশাং শীৎনা পাউতাক তাকপা রা হেক হেক লাউথোরকপদগী নাটকী রসদা অকায়বা পোকহল্লি। রারীদি য়াম্না চম্মী, জমিদার অমগী মুপী অহল অমসুং মাগী মচানু মাগী অচানবী মুপী অতোনবীনা ওৎ নৈবগী রারীনি। রামনারায়নগী অতৈ নাটকশিংদি সংস্কৃত নাটক মরীদগী লৌথোকপা, বেনীসংহার (১৮৫৮), রত্নাবলী (১৮৫৮), অভিজ্ঞান শকুন্তলম (১৮৬০) অমসুং মালতীমাধব (১৮৮৭) অমসুং পুরাণগী রারীশিংগী নাটক অহম রুক্মিনী হরণ (১৮৭১), কংশবধ (১৮৭৫) অমসুং ধর্মবিজয় (১৮৭৫) অদুগা রুক্সারারীদগী ইথোকপা, স্বপ্নধন (১৮৭৫) অমসুং ফাগী-ফারাংগী নাটক অহুম মরী মাগী মমিং থাদবা মথোয়শিং (১) অসিনি।

মুপী লোনবা অমসুং চহী নৌনা লুহোংবগী ফত্তবা কয়াবু শীংথাতুনা ইবা নাটকনি হায়না চৎনথিবা মশীং য়াম্নবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অনীথকী মমিং পনবা য়াই, মথোয়দুদ্দি, তারকচন্দ্র চূড়ামনিগী 'সপত্নী নাটক' (১৮৫৮) অমসুং লেথকী মমিং খাঙদবা অদুগা তর্করত্ননা ইরম্বনি হায়নদি খাজনবা 'সম্বন্ধ সমাধি' (১৮৬৭) হায়বশিং অসিনি।

লুপ্রা লুহোংবা হায়বসিনা মতমদুগী নাটকী লাইরিক অমসুং প্রবন্ধশিং কয়ামক্রমগী খ্যাইনা পাম্নবা বিষয় ওইরম্মী। লুপ্রা লুহোংবগী আইনবু চুম্মী হায়না ইথিবা ইহান হানবা লেথক উমেশচন্দ্র মিত্রনি। শাস্ত্রগী মতুংইন্না লুপ্রা লুহোংবা য়াই হায়না ইরবা নিবন্ধ অতুনা পোকহনথিবা রাথন্দগী মহাক্না ইবা 'বিধবা বিবাহ নাটক' (১৮৫৬) রঙ্গমঞ্চদা য়াম্না মায়পাম্না শান্নখিরম্মী। নাটকসিগী মশাদা রস য়াওরবা অভিনেতা মশা মথন্তা ঙাঙজবগী মতাও মরাংকায়না অমসুং বিদ্যাসুন্দরগী খুৎইগী নমুনাদা লেঙ্কাত্তবা য়াঙাং কয়াম, য় য়াওনা য়াওনা রারীগী ঊচেলদা নাটক অমগী হৌনবা উপাদান অমসুং

(১) নাটকশিংসি তর্করত্ন„ অভিভাবক মহারাজ জ্যোতিন্দ্রমোহন ঠাকুরনা ইরনি হায়না সাধারণ ওইনা খাজনৈ

রস য়াওখিদবা নত্তে। কীর্ত্তিবাস ( ১৮৫২ ) নাটক লৈরি হায়বসি ঐখোয়না খঙলবসু লেখক্লা বাংলা নাটককী ঈচেলদা অরাবা থৌদোক্লা লোইশিনবা মওং তাবা নাটক খুৎই লেখক্লা ইহান হান্না হোৎনরম্মী হায়না থন্নরিবসি ইচুম চুমদবদি নত্তে।

মিত্র বিদ্যাসাগরগী খুৎইবু ইকায়-খুম্নবা মীশক অমনি হায়বসি বিদ্যাসাগরগী গদ্য খুৎইগী সীতা বন্দা থাবগী রারীদগী মহাক্লা লৌথোক্কনা ইবা মাগী অতোপ্পা অমসুং অরোইবা নাটক ( ১৮৬৪ ) অসিদা মতেক শেংনা উবা ফংই। মিত্রনা যাত্রা দল অমা থা কলকাতাদা লিংখত্তুনা মাগী "সীতার বনবাস" মাযপাকপগা লোইননা য়ায়া তোয়না শান্নহল্লম্মী। মাগী বিধবা বিবাহ নাটকসু মাযপাক্লা শান্নখিবা নাটকনি।

মিত্রগী লুপ্পা লুহোংবগী নাটক যান্না মায়পাকখিবা অসিদগী আসামিয়া লোন্দা হৌজিককী মতমগী নাটক ইনিংবগী অচৌবা মরম অমা ওইরম্মী। গুণাভিরাম বরুবাগী 'রামনবমী' নাটক সাল ১৮৭১ তা ইরম্মী অমসুং নাটক অসি অহানবদা থা থাগী ফোঙবা চেফোঙ ( অরুনদয় কৌবা খৃষ্টানশিংনা শীল্লাংহুনা অমসুং লালবিহারী দেনা সম্পাদন তৌবা ) অমদা মতেক মতেক ফোঙদোক্লম্মী ; সিগী মতুং কাযনথংদা ( সাল ১৮৭০ ) লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লম্মী। মসি মিত্রগী নাটকনা পোকহনখিবা পুক্লিংগী ঈহৌদগী ইথিবা নাটকনি। লুপ্পা লুহোংবা থোগত্তুনা ইবা অতোপ্পা নাটক অমগা পনবা যাই। মসি 'বিধবা বিরহ নাটক' কৌবা ( লুপ্পাগী অরা মৈচাক ) সাল ১৮৫৯ দা ফোঙবা অমসুং সামুবেল পীর বক্স কৌবা মুসলমান, খৃষ্টান ওনখিবা অমনা ইবনি।

লুপ্পা লুহোংববু যানিংদবা শাস্ত্রবিশ্বাসী কাঙবুসু তুমিন নৈরমদে। তৌইগুম্বসুং মথোয়না মসিগীদমক্তা ইথিবা নাটকশিং অরেম্বা তারম্মী। নাটকশিং অসি পনবদা মতিকচাবা অমত্তা যাওদে।

সংস্কৃত নাটককী লৌথোক্কনা তর্করত্ননা বাংলাদা ইথোকপা 'রত্নাবলী' নাটক রঙ্গমঞ্চদা চঙথোন্না অভিনয় তৌহুনা শান্নবহ্ ( খৃষ্টাব্দ ১৮৫৮ ) উরুবদগী মতমগী অনৌবা বাংলা কবিতা হোৎদোক্লগদৌবা মাইকেল মধুস্দন দত্ত নাটক ইনিংবা পোক্লম্মী। মসিগী মমাঙদদি মহাক স্বপ্নগী ইংরেজী কবিতাদা মইরম্মী। পাইকপারাগী রাজা মচিন-মনাউ, ঈশ্বরচন্দ্র অমসুং প্রতাপচন্দ্রসিংহগী শহরগা তাইনবা অরাং লমদমদা লৈবা লৈকোনগা কোন্নবা মথোয়গী মুমদা মরন্নাই শান্ননবগীদমক দত্তনা ইথিবা 'শর্মিষ্ঠা' নাটক ( ১৮৫৮ ) বঙ্গমঞ্চদা ফজনা অভিনয় তৌহুনা শান্নখিরম্মী। মতমত্ ফাওবদা ইনখিবা বাংলাগী নাটকশিংগী মফুংদা মসি খ্রাইদগী ফজবা নাটকনি। মসিগী রারী মহাভারতকী অহানবা পর্বদগী লৌথোকপনি। খুৎই মওং নোংচুপলোমগী নত্তে,

কালিদাসকী খুৎই মওংগা য়াম্না নকশিন্নরা ই ; অদুম্নদি ওইরগা সংস্কৃত নাট্য শাস্ত্রদা পীরিবা অকক্নবা বিধানশিং অদুবু ঙাক্না ইবদি নত্তে। নাটক্তু য়েংবা অচৌ-অচৌবা ইংরেজ কর্মচারীশিংগী খুদোং চাননবগীদমক লেখক্না নাটক অসিবু ইংরেজীদা অনুবাদ তৌরম্মী। ইংরেজীদা অনুবাদ তৌবা 'শর্মিষ্ঠা' ( নাটকসিগী মমিং শর্মিষ্ঠা হায়বা মিংনি অদুম খোল্লম্মী ) থ্বাইদা থজহন্ননবগী সাল ১৮৫৯ দা ফোঙবা য়াফোঙচে অদুদা লেখক্না অয়ম্না ই, মদুদি 'নাটক অসি বাংলা লোন্দা ফজবা অমসুং মওং চুম্না ইবা নাটক অমা পুথোক্নবগীদমক হোৎনখিবা মহাক্কী অহানবা খুৎইনি।'

শর্মিষ্ঠাগী মথংদা পদ্মাবতী নাটক ইরম্মী ( সাল ১৮৫৯ দা ইরগা সাল ১৮৬০ দা ফোঙলম্মী )। মসিগী য়ারী গ্রীক পুরাণদা যাওবা সনাগী হৈতুপ হায়বা য়ারীবু ভারতকী য়ারী ওইহন্দনা ইথোকপনি। মসি শর্মিষ্ঠাদা ইরিবা অদুগুম্না গদ্যদা ঙাক্না ইরমদে, মরক মরক্তা ছন্দ সান্নদনা ইবা শৈরেংশিং হেক হেক য়াওই , মসি বাংলা কবিতাগী ইহান হানবা থৎই মওং অমনি। নাটক অমা ওইনদি পদ্মাবতীদা অনৌবা কন্নিং য়াওরমদে। কন্নিংঙবা দকনা ছন্দ মান্নদবা শৈরেংদা ঙাক্না নাটক অসি ইরম্বা থোক্নবদি মাগী হোৎনজমন থোইদোক-হেন্দারা মহৈ গাল্লমগনি নাটক অসি সাধারন রঙ্গমঞ্চ লিংথক্লিঙৈ খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ ডিসেম্বর থা ফাওবদা রঙ্গমঞ্চদা শান্নরমদে।

দত্তগী অহমশুবা নাটক 'কৃষ্ণকুমারী' ( সাল ১৮৬১ দনা মরূপ-মপাংশিং পানবগী-দমক অদুগা সাল ১৮৬৫ দনা থ্বাক্ত মীয়ামদা যোম্নবগীদমক ) থা অমগী মতুংদা ইরম্মী ( খৃষ্টাব্দ ৮৬০ গী আগষ্ট থাগী তাং ৬ তগী হৌরগা সেপ্টেম্বর থাগী তাং ৭ তা ইবা লোইরম্মী ) য়ারীনা টোডকী য়াজাস্থান' হায়বদুদগী লৌথোকপনি। মসিগী লাইরিকসি রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়গী 'পদ্মিনী' ( ১৮৫৮ ফোঙদোক্লকপদগী হৌনা জাতীয়তাবাদকী য়াথল চেনবা লাইরিক-লাইত্ত হৈন্নবা বাঙালী নহারোলশিংগী মফমদা ধর্ম শাস্ত্রগী লাইরিকা চপ মান্নঙবনি। য়ারী শেম-শাবগী মওং গ্রাকী (১) অরাবা থৌদোক্না লোইশিনবা খুৎইদি ওইরগা সেক্সপীয়ারগী মাঙবা য়াত্রবা খুৎইগী প্রভাব কজনা চঙই। অদুম্না ইরিবা মাগী খুৎই য়াম্না থৌনা ফবা মহোৎননি হায়বা য়াই। হৌজিক ফাওবক পুথোকখিবা বাংলা লোনগী খুৎই মথলসিগী নাটকশিংদগী মসিগী নাটকসিনা পুন্নহেন হেন্নি। নাটক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা ই।

(১) হ্রিশাইতেলকী ইফিজেনৈয়াগী মরেক পংলা সাত্রবতু শোইবা য়ায়মোইদোবা প্রভাবশিং নাটকসিদা য়াওই। লেখক্না 'য়াজস্থানগী লৈমাং' কৌবা ইংরেজীদা অনুবাদ তৌজনা নম্নদা লৌথোক্নবা ইগে থজখত্তু তাকই

ঈশৈ খরবুরি য়াওই। জাতীয়তাবাদকী হেক্তশক্তিবা ঈচৌ নাম্বিকাগী মপানা মশা মতোমতা ওত্তঙ্গবা বাঙালীশিংদা করনা ফোংদোকই। দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মচাশিং, মচিন-মনাউশিংগী মচাশিং অমসুং মরুপ-মপাংশিংনা মখোয়গী ময়ুমদাই লিংথৎলবা 'জোড়াসাঁকো থিয়েটারদা' কৃষ্ণকুমারী মায়পাক্না শান্নখিরম্মী (১৮৬৫)।

দত্তগী মথংগী নাটক 'মায়াকানন' (মায়াগী উমং) মতুং কাবনথং (মশাগী মপাক্তল মরোশিং হস্তরক্তবা মতাংদা) সাধারণ থিয়েটারশিংদা শান্ননবগীদমক ইরম্মী। মশা লৈথিত্রবা মতুং খৃষ্টাব্দ ১৮ ৪গী জান্যুয়ারী থাদা নাটকসি ফোংওলম্মী অমসুং এপ্রিল থাগী তাং ৮ দা ইহান হান্না শান্নখি। কল্লনা তৌহুনা ইবা অন্নাবতনা থল্লবা মসিগী ব্রায়ীনি অমসুং লেথক্কী নীংবা কায়রবা পুন্সি থোংচৎকী মতাং কয়া। মমি তাবক্তম তৌই। চরিত্রশিং নিংথিনা শেম্মী।

'শর্মিষ্ঠা' নাটকনা মাযপাক্না শান্নগ্রবা মতুং অতুগা 'পদ্মাবতী' নাটক ইবা লোইফাত্রিরৈ চৈরক্তা মতমদুগী ফজত্রবা শাজৎ অ-ী, হায়রবদি ইনাক-কৈরাক খুনবা লাইরিক্তি কয়া হৈযাক্তবা নহারোলশিংনা মযায় কাবা পোৎ থক-চাবগী অমসুং অপঙ-লাই চুবগী ফজদবা থৌদোশিং অমসুং যাম্না অশেংবা শাবা মতৌ ইমান মান্দনা মুপী নহাদা চোক্না অহনশিংগী ওক্ত শাজৎপু করেম-কথাইনহুনা উৎপা প্রহসন অনীথক দক্রনা ইরম্মী। অনীসিমক সাল ১৮৫৯ দা ফোংওলম্মী অহানবগী মমিংনা 'একেই কি বলে সভ্যতা?' (অসিন্না চাওথৎপনি হায়রিবদু?) কৌই অতুনা অনীশুবনা 'বুড়ো শালিকের ঘাড়ে রোঁ' (লুপানা ফুংদাংবা হন্দ লৈথম অচাবা অর্পদা, মক্তা মনোইবা ময়না হন্নবা) কৌই। মখোয়সিদা ইরিবশিং হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবা করেম-কথাইনবগী থুৎইনি। বাংলা প্রহসনশিংগী মনুংদা মখোয়সি থাইদ হেন্না ফজবনি অমসুং মতুংদা ইনরকপা মথলসিগী থুৎইশিংদা মখোযসিগী প্রভাব চঙ্গ্রবনি। সাল ১৮৬৫ দা 'একেই কি বলে সভ্যতা' জোড়াসাঁকো থিয়েটরদা অমসুং 'কৃষ্ণকুমারী' নাটক শান্নখিবা শোভা বাজার থিয়েটরদা (১) শান্নখিরম্মী। প্রহসন নাটক অনীসি রঙ্গমঞ্চদা নিংথিজনা শান্নখিবা অসিদগী অতৈ অতৈ প্রহসনশিংগী থুৎইদা পান্দমক্তম অসোমদা লেংনবা হৌরক্তম্মী। মসিনা মরম ওইহুনা ইনাক-কৈরাক খুনবা অহল্লোনশিংনা শেল থাংদোক্তুনা লিংথৎখিবা লম্লাই থিয়েটারশিংনা 'বুড়ো শালিকের ঘাড়ে রোঁ' হায়বা প্রহসনগী নাটকসি মখোয়গী রঙ্গমঞ্চদা শান্নহল্লিংলমদে। সাধারণ থিয়েটরশিং লিংথৎনরক্তবা মতুংদতনি মখোযনা প্রহসন নাটকসি মখোয়গী রঙ্গমঞ্চদা শান্নহনখিবা।

(১) ওয়ারেন হেষ্টিংসকী মুনসি ওইখিবা রাজা নবকৃষ্ণগী দেব শাগৈনা লিংথৎখিবা কাঙবুনি

মাইকেল মধুসূদন দত্তনা 'ভারত সাম্রাজ্ঞীঃ ব্রিজিয়া' কৌবা নাট্য-কাব্য অমা ইংরেজীদা ইরম্মী। মসিগী ব্রাবী ভারতকী তরাহুমথোইগুবা শতাব্দীগী ইতিহাসকী মতাংদগী লৌথোকপনি। দত্তনা মাদ্রাজদা লৈরিউৈ মতমদা (১৮৪৮-৫৬) নাটকসি ইরম্মী, তৌইগুম্বসুং ফোংদ্রি ফোংথিরমদে। নাটকসি 'কৃষ্ণকুমারী' নাটক ফোংলবা তুংদা অমুক হন্না ইথোকে অমসুং বাংলাদসু নাটকসিমক ইগে হায়না থল্লম্মী। মরম অসিদগী মহাক্না মাগী মরুপ অমদা অস্নয়া ইরম্মী: ঐহাক অনৌবা নাটক অমা ইগে লেপ্নে অদুবু মসিগী নাটকসি ইস্ত্রিউৈ মমাংদা হান্নবা অভিনয় তৌবা তাই। ভারতমচা মুসলমানশিংগী ব্রাবী থরা ঐথোয় পায়থংপা তাই। মুসলমানশিং ঐথোয়দগী হেন্না তমথিবা কাংলুপনি, মরম অসিনা মথোয়গী মরমদা ইরবদি থম্মোয়সুংগী অকনবা ঈহন ফোংদোকপদা য়াম্না থুদোং চাগনি। মথোয়গী তুপীশিং ঐথোয়গী তুপীশিংগা য়েংনরুবদা অয়োন-অথুপকী থবক চংথোম্না পাংথোকপা মথোয়না হেল্লি। মসিদগী ঐথোয়না ব্রিজিয়াগা বা নীংশিংবা য়াই। মসিগী নাটকসি নংনা হেক পাম্বদুমক থোক্কনি হায়না ঐনা থাজে। মুসলমানশিংগী মিং হেক পনবদা মীচং-মীথাই নাইবগী ব্রাথল পোক্লিবসিমা ঐথোয় থাদোকপা তাই।'

দত্তনা বাংলা নাটক অহুমথক ইংরেজীদা অহুবাদ তৌরম্মী, মথোয়দুদি, তর্করত্নগী 'রত্নাবলী' (১৮৫৮), মহাক মশাগী 'শর্মিষ্ঠা' (১৮৫৯) অমসুং দীনবন্ধু মিত্রগী নীলদর্পন' (নীল পাম্বী থাবগী ব্রাবীগী মিংশেন ১৮৬০) হায়বশিং অসিনি। ইকোন কোনবা নাটকসি রেভরেণ্ড জে, লোংনা অইবা লেখকী মমিং হাপ্তনা ফোংদোক্লম্মী। উমেশচন্দ্র মিত্রগী 'বিধবা বিবাহ নাটক' সু ইংরেজীদা অহুবাদ তৌনবা দত্তনা হোৎনরম্মী।

হুগলী কোলেজগী ছাত্র অমসুং ডাক বিভাগকী অচৌবা কর্মচারী দীনবন্ধু মিত্রনা (১৮২৯-৭৪) শহরদা লৈবা অরাংবা সমাজগী মীওইশিংনা করিসু থংজদ্রবা থুঙ্গংগী মীওইশিংগী শেলথুম ওইজ-ওইথক পুম্নমক মথোয়গী ওইজবতা য়েংহুনা মাঙহল্লিবা সমাজগী ফত্রবা থৌদৌ অসিবু থোইনা থোইজংলুদবা লাইরিক-লাইস পাবা য়াম্লবা মীয়াম অমসুং রঙ্গমঞ্চদা নাটক য়েংবা মশীং য়ামদবা কাংবুগী মপুক্লিং চেৎনা চিংশিনবা ওন্না নাটক থুংই ইনিংবগী অনৌবা ব্রাথল অমা পোকহল্লম্মী। নিম পাম্বী থাবগী থবক মতমদুগী বাংলাদেশকী য়াম্না মরুওইবা শু-নোম্বগী শিনফম অমা ওইরম্মী অমসুং মসিগী শিনফম ইংরেজশিংনা মথোয়গী ওইজ-ওইথকী য়েংহুনা পুমশ্পা শুপ্না পায়রম্মী। নিম পাম্বী থাবা মফমশিং অমসুং মতুগা লোইনবা কারখানাশিং অসিগী মপু লাইরিক-লাইস পণ্ডয়াম য়াম্না তমদবা অমসুং মীচুংশি কয়া য়াওদবা ইংরেজ মচাশিংনা ওইরম্মী।

শাসনগী থবক পুবা কর্মচারীশিংনা য়াদিং য়াদিং তৌবদগী নত্রগা থৌশা-ৱাশাঙবদগী নিম পাৱীগী মপুশিং অসিনা শিনমীশিংগী মফমদা তৌনিংবতা মতৌরম্মী। দীনবন্ধু মিত্রগী পোক্নফম মশোৱদসু হায়রিবা শাথিরবা চৈথেংসি ফংলম্মী অমসুং মসিগী থোদোক পুম্বা মশামক থঙলম্মী অমসুং পাউসু তারম্মী। মহাত্মা মীচুংশি য়াওরবা অওৎ-অনৈগী দৃশ্য উত্তুনা মাগী অহানবা নাটক 'নীলদর্পন' (ঢাকা ১৮৬০) ইরম্মী। নাটক অমা ওইনা মসিগী অশোয়বা কয়ামরুম উবা ফংই অমসুং য়াওইদি হায়রবু রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌরকপা মতমদদি উৎনীংলিবা থোদোক্কী অচাবী মওংদা উৎপা ঙম্বা নাটক অমা ওইরম্মী অমসুং নিম থাবা মপুশিংনা ওৎ-নৈরিবদু মাঙহন্নবা হোৎনরকপদা লাইরিক অসিগী প্রভাব মতম য়াম্না শাংনা সমাজদা চঙহুনা লৈহোরম্মী। চরিত্রশিংগী বিকার হকথেংনবা পুন্সিদগী লৌশিনখিবা মবমদগী তশেং তশেংনা ফোঙদোকই অমসুং য়াম্না চুশিনবা মতৌদা উৎলি। মীয়ামগী মফমদা থঙহন্নিংবা ৱা শন্দোকপগী মায়কৈরোম-দগী য়েংলুরবদি 'নীলদর্পন' 'অংকল টোমস কেবিন' 'নিকোলাস নিকলবি' অমসুং 'ওলিভর টুইষ্ট' নচিংবা মহী ময়াই চেন্নবা লাইরিকশিং অসিগা অমত্তা ওইনা লৌবা য়াই।

দীনবন্ধুগী অনীশুবা নাটক 'নবীন তপস্বিনী' (নহা ওইরিবী লাইনীংবী, কৃষ্ণনগর, (১৮৬৩) মরী খজিক্তা মরৈনবা ৱারী অনীথক পুনশিন্নহুনা ইবনি শরুক অমনা সেক্সপীয়ারগী 'মেরি ৱাইভস ওব ৱীণ্ডসর হায়বদুদগী লৌথোকপনি অদুগা অমনা লৈবাকসিগী ফুঙ্গাৱারী অমদগী লৌথোক্তুনা শেম্বনি। চরিত্রশিং হংনা শাবদু মপাই অদুগা ইবগী খুৎই অশেম্বদোনা তৌই। অহুমশুবা নাটক 'সধবার একাদশী' (লুহোংলবী মুপী অমবু নমহুনা লুপ্পা ওইহনবা ১৮৬৬) অশোই-অঙাম য়াওনা য়াওনা মিত্রনা ইবশিংগী মহুংদা থ্বাইদগী ফজবা লাইরিক্তি অমসুং বাংলা লোনগী থ্বাইদগী ফজবা নাটকশিংগী মহুংদা অমনি। মসিগী খুৎই করেম-কথাইনবদগী ফাগী-ফারাং তৌবনা হেল্লি অদুগা ৱারীনা দত্তগী প্রহসনগী ইংরেজী শিক্ষা ফংবা নহারোলশিংনা ময়াইকাবা পোৎ চা-থক্তুনা মশাবু মাঙহন্নবা ৱারীগী মওংদু লৌই। মপুং ওইবা চরিত্র নিমচাঁদ দত্তনা ৱারী অসি লৌথোক্লমগদৌবদগী নাম্বোকহন্দুনা অমসুং ইচম চম্বা প্রহসন অমা ওইরমগদৌবদগী অৱাবা থোদোক্না পোলোইনখিবা নাটক অমা ওইহল্লি। পণ্ডিত অমসুং কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তগী আদর্শশিংগী শরুক থরগা চানহন্দুনা ফজনা শেম্নবা নায়ক্কী চরিত্র নিংথিজনা পুথোক্লম্মী।

মিত্রকী অতৈ নাট্য-সাহিত্যগী লাইরিকশিং প্রহসন অমসুং প্রহসন জাৎকী ইয়াং য়াংবা হরাও-তয়াম্না লোইশিনবা খুৎইশিংমক্তনি অমসুং মথোয়সিগী মহুংদা 'বিয়ে

পাগলা বুড়ো' ( সুহোংনিংবনা ভাওবা অহন ১৮৩৬ (১), লীলাবতী ( ১৮৬৭ ) 'জামাই বারিক' ( ইজাকশিংগী বারিক ১৮৭২ ) (২) অমসুং কমলে কামিনী (১৮৭৩) হায়বশিংসি মাওই। অকোনবগী নাটক অসি কাছারগী ইতিহাসকী রারী অমদগী লোথোক-তুনা ইবনি।

বাংলা নাটকশী থোঙচন্তা দীনবন্ধু মিত্রনা ইথিবশিংনা অদুক হাররা কন্না মতেঙ পাংলমদে তৌইগুম্বসুং সাধারন থিয়েটরশিংনা অহানবা হৌগৎলকপা মতমদা মহাক্না ইথিবশিং রঙ্গমঞ্চদা শান্নবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মায় পাকথিরম্মী। থোৗদোদা চাননা হায়বা তাররবদা সাধারন থিয়েটর অহানবা হেক হৌদোবকপদা ( খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ ডিসেম্বর ) মিত্রগী নাটকশিং শান্নদুনা হৌরকপনি অমসুং মতম থরদি থিয়েটরশিং অসিগী শেন তান্নবগীদমক মাগী নাটকশিং শান্নবা তারম্মী। মিত্রগী নাটকশিং চুম্নগী হুংঙাইনব-গীতা ওইবা থৌদোকশিংনা লোইশিনবা অমসুং নোম্নিংবগীতা ইবা ( করিগুম্বদা হেক্তিনখিদুনা রাচোপ-খোনচোপ ফাওবা তোয়না যাওবা ) ভাক্তা ওইবনা মচু তানা চরিত্র-চিত্রন উৎপা অমসুং নাটকী হৌনবী লাংতন্নহনবগী রস চেনবা ফজবা নাটক-শিংদগীদি অয়েংবা মীশিংনা মিত্রগী নাটকশিং অসিবুনা হেন্না পাম্নরম্মী। শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা মতম অহুরাইদদি লীলা যেংবা মীশিংগী অপাম্বা রস থেন্নরকপদগী মিত্রগী নাটকশিং অয়াম্বা শরুক শেমদোক-শেমজিন তৌত্রবদি শান্নবা যারমদে।

ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী সাহিত্যগী শিষ্য অমসুং কবি ঈশৈ লেংবা মনমোহন বসু ( ১৮৩১-১৯১২ ) ভক্তিরসকা য়ানশিন্নরবা ময়াম্না পাম্নরবা পৌরাণিক রারী কয়ামরুম রঙ্গমঞ্চদা শান্নবা নাটক ওইনা ইরম্বা মীশক অমনি লায়বদা করিসু ঙম্নিংঙাই লৈতে। বাংলা নাটক্না থায়নগী যাত্রা পাঁচালীগী মতৌ-মওংরোমদা লৈশিল্লকথিবা অমসুং অসুম তৌবসিদগী অনৌবা মওংগী যাত্রা পোকথিবা মহাক্না তৌহনবনি। রা শাংনা শাংনা ভাংলিবা অমসুং মথক্তা শোঙ্গবা রাঙাংশিংসু য়াম্না শাংবসিনা থায়নগী অবিবা ( কথক্তা ) রীতিগী প্রভাবপু নিংশিংহল্লি। খুৎইসিদা ঈশৈগী শরুক কা হেন্না য়াওই। রারী শেমগৎপগী মওং হৈশিংবা রাংলি অমসুং ইরিবা খুৎই থারুম্নে অমসুং থায়নগীনি।

(১) মসিগী রারীলি থোকখিবা থৌদোক্তা তাঙদুনা ইবনি

(২) লেখকী মরুপ-মপাংশিং থরা অমসুং মতমদুগী খ্বাইনা সম্মান তৌনবা মীশক থরম্ অচৌবা চরিত্রশিং ওইহন্দুনা করেম-কথাইনদুনা নত্রগা পনবা তৌনবগী ওইনা শন্দুনা ইরম্মী

বস্তুনা অহানবা থুং হেক থাখিবসি 'রামাভিষেক' ( রাম ক্ষান কাবা ১৮৬৭ ) কৌবা রামগী ৱারীবু বাংলাদা ইহান হান্না ইথিবা নাটক অমনি। মসিগী অরাখা শরুক গত্মদ ই। মহাক্কী অনীশুবা নাটক 'প্রণয় পরীক্ষা' ( হুংশিবগী চাংযেং ১৮৬৯ ) মীরান্না পাননবগী ইবা হুংশি-হুংগুনগী ৱারীগী লাইরিক অমদগী লৌথোক্লনা ইবনি। রামনারায়ণ তর্করত্নগী প্রভাব ফনা য়াম্না চঙলবস্থ নাটকসি অরাবা থৌদোরা লোইশিন্দে। উপন্যাস ওইনা ইরবদি ৱারীসি যাম্না ফজরমগনি। অহুমশুবা নাটক 'সতী নাটক' ( ১৮৭৫ ) মহাক্কী খ্বাইদগী ফজবা নাটক্নি। শিব অমসুং সতীগী পৌরাণিক ৱারীদগী লৌথোক্লনা ইবা অমসুং মাগী অমত্তা ভাগরবা অরাবনা লোইশিনবা নাটক্নি। মথং সংস্করণদা ( ১৮৭৭ ) নাট্যকারনা শাস্ত্রবিশ্বাসীশিংগী মপুরিং পেলহন্নবগীদমক সতীবু হিমালয়গী মচানুপী ওইনা অবতার তৌহল্লগা শিবগা থুংনহনবগী মভাও নাটককী অরোইবা শরুক ওইনা হাপচিল্লম্মী। সতী নাটককী মশাদা য়াম্না মরু ওইবা অনৌবা মতৌ অমদি শান্তিরাম কৌবা অঙাওবা অমগী চরিত্রনি; মহাক মপাম্বোংদা অঙাওবা ওইনা উহল্লি অদুগা মাগী শাজত্তি তশেংবা সাধুগীনি। চহী কুনলোমগী তুংদা হরিশ্চন্দ্র ঘোষনা ইবা ধর্মগা মরী লৈনবা নাটকশিংদা অসিগুম্বা মশক লোৎপা সাধুশিংবু মপুং ওইবা চরিত্র ওইহন্দুনা ইবদগী মাবু খ্বাইনা শীংথানখি।

পৌরাণিক ৱারীদগী লৌথোক্লনা ইবা বস্থুগী মরীশুবা নাটক হরিশ্চন্দ্র ( ১৮৭৫ ) যাত্রাগী মতৌ হেন্না মাল্লম্মী। মতমদুদা যাত্রা লীলাশিং রঙ্গমঞ্চদা শান্নদবগী ৱাদনি নাটক্কা চপ মান্নবা অভিনয় তৌদুনা শান্নরম্মী অমসুং ঈশৈগী শরুক অমসুং শাংনা শাংনা ঙাংবা ৱাঙাং য়াম্না য়াওরম্মী। নৌনা হৌরক্লিবা জাতীয়তাবাদকী ঈহৌ নাটক অসিদা ময়েক শেংনা থোক্লাং যৈরি। লেমহৌবা মাগী নাটক মঙা মরী অমনা পৌরাণিক ৱারীগী অদুগা অমনা ধর্মগী অনুষ্ঠান অমগী মরমদা করেম-কথাইনদুনা ইবা ( ১৮৭৫ ), মথোয়শিং অসি থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইদে। মথোৎসি রঙ্গমঞ্চদা শান্নবা নাটক্কগীদি যাত্রাগীনা হেন্না ফজগনি। বস্থুগী ইরোই লোইবা নাটক 'সতীর অভিমান' ( সাল ১৯১০-১১ দা নাট্যমঞ্চগী মরমদা ইবা পত্রিকা অমদা মথং মনাউ নাইনা ফোঙদোক্লম্মী ) গদ্য অমসুং পদ্যদা সীতানা পৃথ্বি লৈহুংদা চঙখিবগী ৱারীনি।

মতমদুদা লৈরম্বা থিয়েটরগী কাওবুশিংনা তৌবগুম্না বহুবাজার থিয়েটর কৌবা থিয়েটর পামজবা মীওইশিংনা মরম্মাই লিংথৎচখিবা রঙ্গমঞ্চসি সাল ১৮৬৮ দা বস্থুগী 'রামাভিষেক' শান্নদুনা হৌদোকখি। 'সতী' নাটক য়াম্না তোইনা মায়পাকপগা লোইননা মফমসিদা শান্নখি। 'হরিশ্চন্দ্র নাটক' শান্নরবা মতুং সাল ১৮৭৫ গী হৌগৎলকপা মতমদা থিয়েটর অসি লেপখিরম্মী। সাধারণ থিয়েটর কাওবুশিংনা

মথোয়গী লিংথৎলকপগী ওল্লিঠৈ মতময়দগী হৌনা বঙ্গগী নাটকশিং রঙ্গমঞ্চদা উৎপদা মতিক চাদে হায়না লৌনরম্মী। 'প্রনয় পরীক্ষা' (গ্রেট নেসেনেল থিয়েটরদা ১৮৭৪ গী জানুয়ারী ১৭ তা শাম্নখি) নত্তনা মাগী অতোপ্পা নাটক অমত্তা সাধারণ থিয়েটরদা শাম্নখিবগী য়া অমত্তা থেংনদে।

১৭ শুবা পন্দুপ

# অনৌবা কবিতাগী মাওঙজিন থাবা কবিশিং

ইংরেজী শিক্ষানা ইংরেজী সাহিত্যগী পাকচাউরবা পরিদৃশ্য উবা ফংহল্লম্মী অমসুং ইংরেজী সাহিত্যসিগী মপান্না য়ুরোপকী খ্বাইদগী অরাংবা থাক্কী পাক চাউরবা পরিদৃশ্যতুবু ফংননবগী থোঙজাও লাওনা হাংদোকহল্লম্মী। মায়কৈ অসোমদা চঙশিনবা হৌখিবসি কলকাতাদা হিন্দু কোলেজ লিংখৎখিবা (১৮১৭) মথংদা হুগলী অমসুং কৃষ্ণনগরদা অতুগা মতুগী তুংদা অতৈ অতৈ শহরশিংদা কোলেজ মথং মথং লিংখৎনরক-খিবা অসিদগীনি। অহানবগী চহী তরা তবানা খুজিং ওইবা চহীশিং থরগী মচ্চুংদা কলকাতাদা অমসুং মসিগী মনাক্তা তাবা লমদমশিংদা লৈবা কোলেজশিংদা ইংরেজী শিক্ষা ফংখিবা মীওইশিংগী মশীং পংয়াম য়াম্নমদে তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অসিনা শন্দোরকপা শিক্ষাগী লেমজনিংঙাই ওইবা প্রভাব তয়াং তশোযরমদে। সমাজ সংস্কারগী নত্রগা খুরবা শাস্ত্রবু থাজনবগী ভাব অমসুং শাজৎশিংগী মাযোক্তা লাম্বেংনবদা মখোয়গী মপুক্লিং চঙলম্মী অমসুং কোলেজগী তোকপ্রবা অরিবা ছাত্রশিং অসিনা মশাগী সাহিত্যবু য়াম্না পামজরবসু মখোয়না মরোন্দা সাহিত্য ইননবগী থোইনা মপুক্লিং থিংজিল্লমদে, মরমদি ইংরেজীদা ইরবদি শোয়দনা মিংচৎ ফংগনি হায়বসি মখোয় খঙলম্মী। ইংরেজীদা ইহান হান্না কবিতা ইখিবা বাঙালীদি হিন্দু কোলোজগী অহানবা ছাত্র ওইখিবা কাশীপ্রসাদ ঘোষ (লৈখিদবা ১৮৭৩) হায়বতুনি। মাগী কবিতাশিং অহানবদা কলকাতাগী খ্বাইদগী পাকশন্না পানরবা ইংরেজীগী স্তুতিগী ফোঙবা চেফোঙ 'হরকরা'দা [1] ফোঙদোরম্মী অমসুং মসিগী তুংদা মানা ইবা কবিতাশিং খোমজিন্দুনা *The Shair* [2] *and Other Poems* কৌবা অমা ফোঙলম্মী (১৮৩০)। মতমতু ফাওবদা ভারতচন্দ্র বাংলাগী খ্বাইদগী চাউবা কবিনি হায়না ইকাই খুম্নরম্মী; 'বিদ্যাসুন্দর' ইরবা কবিসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা ঘোষনা হাযরিবা কাব্যসিগী শরুক খরা ইংরেজীদা অহুবাদ তৌদুনা কবিতা ইরম্মী। কে, এম, বন্দোপাধ্যায়গী *The Persecuted* (১৮৩১) বাংলাগী অহানবা নাটক্কি অমসুং মতম ফনা শাংনা বাঙালী অমনা ইংরেজীদা ইবা অমত্তা ডায়রবা নাটক ওইনা লৈরম্মী। ইংরেজী

---

১ মসিগী অর্থদি 'ডাকপিয়ন' হায়বনি

২ মসিগী অর্থদি 'কবি অমা' হায়বনি

লোন্দা ইতুনা কবিগী মিংচৎ তানখিবশিংগী মরুংদা থ্‌্রাইদগী মতিকচাবা অদুগা হায়রিংঙাই লৈতনা নীংবা কায়থিবা মীশক্তি তুংগী কবিতাগী খুৎই হৌদোক্লগদোবা অমসুং লাইগী লোংদমদগীবু ওইরবস নত্রগা মখাগী মথৌনা উৎনিংবদগী ওইরবস মমারোন্দা অমুক মমায় ওনশিল্লকথিবা মাইকেল মধুসূদন দত্ত হায়বচুনি। বাংলা উপন্যাসকী মপা শক্লবা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়স মাগী অহানবা উপন্যাসশিংগী মরুংদা অমথক্তি ইংরেজীদা ইরম্মী (*Rajmohon's Wife* উপন্যাস *Indian Field* পত্রিকাদা সাল ১৮৬৪ দা মথং মনাও নাইনা ফোঙদোক্লম্মী)।

অনুবাদকী পাম্বৈনা মতমতুগী বাংলা সাহিত্যনা ইংরেজীগা ফাওদোক্লবা ওম্লম্মী। মতমতু ভারতচন্দ্র অমসুং মাগী কবিতাশিং নত্তনা অরেম্বা কবিতা হায়না কৌথিবশিং লানবা লৈতনা কয়া চৎনরিঙৈ তাঙ্গানি। মরম অসিনা বাংলাদা ইহান হান্না শৈরেং ওইনা অনুবাদ তৌথিবসি *Arabian Night's Entertainments* (১৮৩১) অমসুং *Persian Tales* (১৮৩০) অমসুং সিগী তুংদা *Gay's Fables* (১৮৩৬) হায়বশিং-সিনি। মথংদা গদ্য খুৎইগী মরুংদা মথল-মথা কয়ামুক্তী তম্নবা লাইরিকশিং অমসুং খৃষ্টান ধর্মগী লাইরিকশিং থাদনা অনুবাদ তৌথিবসি জোনসনগী *Rasselas* (১৮৪০ গী মমাঙদা) অদুগা *Arabian Nights* (১৮৩৮) অনীসিনি। শতাব্দীগী চহী য়াম্থৈ চহ্রিঙৈগী মমাঙদা ইংরেজী কবিতাগী অনুবাদ পুথোক্লমদে। সাল ১৮৫৪ দা শক তাক্তবা লেথক অমনা অনুবাদ তৌবা *Paradise Lost* কী অহানবা সর্গগী শরুক ফোঙলক্লম্মী। তৌইগুমসুং অসিগুম্বা অনুবাদ সাধারণ অপাম্বশিংনা পায়খিদে অদুগা ইংরেজী শিক্ষা মৎবশিংনস কায়রম খঙলমদে।

তরামাপনগুবা শতাব্দীগী চহী কুন্থ্‌রা চনশিল্লকপা অতুরাইদা (অকল্লনা হায়বা তায়বদা ১৮৩৮ দা) বিচারগী অমসুং লৌরুংশঙগী লোইশঙশিংদা ফরাসী লোনগী মহুত্তা বাংলা লোন্না শিল্লিম্মী। মসিনা বাংলা সাহিত্য চর্চা তৌবদা ইথা থাজদনা হৈনিংবমা পোকহন্নমী অমসুং মগুং তাবা গদ্য রচনা শেমগৎলকপগী অহানবা খোঙহৌ ওইরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা কবিতা ইবদা কয়া থওইনখিদে, ঈশৈ লেংবা, করেম-কথাইনদুনা ইবা অমসুং হুংশি-হুংওনগী রারী ইবা কাওবুতনা কবিতা ইনরম্মী। শতাব্দীগী চহী কুল চল্লকপা মতাংদা নিধু বাবুগী হেক মথংদা রাধামোহন সেন মতমতুগী থ্‌্রাইদগী অথোইবা কবিনি হায়না চৎনরমী। সেন ফরাসী অমসুং সংস্কৃত হৈরম্মী। মহাক ঈশৈস ইরম্মী। অদুবু মহাক্না ইবশিং কয়া ফজদে। মহাক্না পদ্যদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী মরমদা লাইরিক অমা (১৮১৮), ১৮ শুবা শতাব্দীগী সংস্কৃতকী লাইরিকগী অনুবাদ তৌবা অমা (১৮২৩) অমসুং ভারতচন্দ্রগী কবিতাগী মহাক্না টিকা তৌবা লাইরিক

অমগা অহমসি ইরম্মী। ইহান হানবা ইংরেজীদা শৈরেং ইথিবা বাঙালী লেখক কালী প্রসাদ ঘোষনা বাংলা ঊশৈ কয়ামরুম ইরম্মী।

বিদ্যাসুন্দর অমসুং অসিগুম্বা মথলগী অতৈ নাইরিকশিংদা য়াওবা য়ারীগী মওং লৌদুনা পদ্যদা ইবা মুংশি-মুংওনগী য়ারী কয়ামরুম শহরদা লৈবা লাইরিক কয়া হৈক্রাত্তবা মীওইশিংনা পাননবগীদমক ছাপা তৌরম্মী। অসিগুম্বা মথলগী লাইরিক ইরম্মী হায়না খুমাইনা খঙনবসি অঙ্কাওবা পণ্ডিত অমসুং কাইনথংদা সমাজ সংস্কারগী লমজিংবমা ওইথিবা মদনমোহন তর্কালঙ্কারনি (১৮১৫-৫৭)। মাগী 'বাসবদত্ত' সংস্কৃত গদ্যদা ইবা মমিংসিমক কৌবা রামন্যাসকী য়ারীদুদগী লৌথোকপনি। মসি মহাক্না সংস্কৃত কোলেজদা তম্লিন্দৈদো ইথিবনি। সিগী মমাঙদা ইথিবা মাগী 'রস তরঙ্গণী' (ঊপোম নাইরবা খোয়থুম্নবগী ঊচেল) পণ্ডিতশিংনা খঙনরবা মমিং চৎলবা অপাম-মুংশি রসকী সংস্কৃতকী কবিতাদগী পদ্যানুবাদ তৌবনি।

অনৌবা রীতিগী খুৎইদা কবিতা ইনবরুনবা লম ফাৎলবসি অহানবদা পাউচেগী সম্পাদক ওইনা হৌরকথিবা কবি অমগী মপান্দগীনি। অসিগুম্বা থোইদোক্না শীংথানিংঙাই ওংরবা মীশক ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তনা (১৮১২-৫৯) শতাব্দীগী চহী কুহুমগী ময়ায় চল্লকপা অতুরাইদগীনা য়াম্ভৈ চনশিংবপগী অথেঙবা মতম ফাওবদা বাংলা সাহিত্যগী রাজাদা মথন্তা পাল্লম্মী অমসুং মতমতুগী অরিবা অমসুং অনৌবা কবিতাগী মরক্তা লৈরম্বা থেন্নবা খিবিক তাইশিন্নহল্লম্মী। বাংলা কবিতা খুৎইগী চৎনবীগা চুশিন্নপ্রবা অশাংবা কবিতা ইননবা অহানবদা মাগী মতেং পাংবা নহা ওইরিবা রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়দা শিন্নরম্মী। গুপ্তনা ইবা গদ্য খুৎই অকিবগী মশক্নি তৌইগুম্বসুং মাগী কবিতাশিংদি অয়াম্বনা পাবদা ইচম চম্না মুংঙাই। মাগী কবিতা থরা নীতি তাকপগী ওইনা তৌই অদুগা থরা অমদনা মাঙথরক্লবা থায়নগী পরম্পরাগী চৎনবীশিংগী থম্নবদা মপুন্নিংদা ফাওরিবা নীংঙমদবগী য়াথলবু ফোঙদোকই। অয়াম্বা কবিতাশিং ইংরেজী শিক্ষা ফংলবা মীওইশিংনা মীরমগী আচার ব্যবহার লৌশিন্দুনা চৎলিবা শাজৎপু করেম-কথাইনতুনা ইবা নত্রগা সমাজ সংস্কারকশিংগী কা হেক্তিনবা সংস্কারগী থৌদোবু শীংনদুনা ইবা ডাক্তনি। করেম-কথাইনবগী অয়াবপা য়াঙাং অমসুং হৈশীংনা শিজিন্নবা অচাবা য়াহৈশিং অসিনা মাগী খুৎলাই ওইরম্মী। মহাক্না ইরিবা য়াহৈ-য়াতাশিং সাহিত্যদা শিজিন্নবদা হৌনদবনি অমসুং লৈবাকমচা তাদবনি হায়না লৌনবা য়াহৈশিং য়াওই। মহাক্না ইরিবা ছন্দগী মওং হৈশিংদবা নত্তে। অয়ানিপানগুবা শতাব্দীগী থেঙ্গথরকপা মতম ফাওবদা কলকাতা লমথৈগী চৎনদুনা লৈরম্বা, ভারতচন্দ্র রামপ্রসাদ অমসুং কবিরালাশিংগী কবিতাশিং অমসুং ঈশৈশিং গুপ্তনা য়াম্না পামজবী অমসুং মাগী

সাহিত্যগী খুৎইশিং মানা পাম্নজবা মওংসি তাননবা ইরম্মী। মাগী মমাঙদা হৌরবা কবিশিং অসিগী কবিতাবু থোইদোক্না থঙনিংহনা থিজিন-হমজিনবদগী মথোয়সিগী মরমদা থঙনরমদবা ৱাফম কয়ামকুম থোক্লকুম্মী। গুপ্ত ইংরেজী থরম্ব থঙলম্মী অমসুং মাগী সাহিত্যগী শিষ্যশিং অয়াম্বা ইংরেজী লোন অমসুং সাহিত্য নিংথিনা থঙবা ঙাক্তনি। মাগী নীতি তাকপা কবিতাশিংদা ইংরেজী কবিতাগী মচাক হাপচিনবা ঙমগ্রিবসি মথোয়গী মতেংদগীনি।

গুপ্ত চয়োলগী চেফোঙ (মমৈথংদা হুমিৎ খুদিং ফোঙবা পাউগী চে ওইথিবা) 'সংবাদ প্রভাকর' গী সম্পাদক ওইরম্মী অমসুং মহাক্না ইথিবা পুম্নমক অহানবদা চেফোঙ অসিদা হাপ্লম্মী। মাগী ম৮ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা গদ্য অমসুং পদ্যদা অনুবাদ তৌবা লোইথিদবা 'হিতোপদেশ' গী শরক অমসুং সংস্কৃতকী রূপক নাটক প্রবোধচন্দ্রোদযগী মপুংফারবা অনুবাদকী লাইরিক (১৮৫৭) অ-াসি পনবা য়াই। অকোনবগীসি রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌহনা শান্নবগীদমক অতম্না ইরম্বনি মরম অসিনা মহাক মশাগী মৌলিক শৈরেংশিং অমসুং ঈশৈশিং থরা হাপচিল্লম্মী। নাটক ওইনদি লাইরিকসি নীংবা কাগনিংঙাইনি তৌইগুম্বসুং মসিদা হাপচিনখিবা শৈরেং অমসুং ঈশৈশিং অদুদি মহাক্না ইথিবশিংগী মনুংদা থ্‌ ্াইদগী ফজরবা সাহিত্যগী মচান্নি।

স্কুল অমসুং কোলেজগী অফবা ছাত্রশিংবু কবিতা ইননবা গুপ্তনা কন্না ইনশিল্লম্মী অমসুং মথোযনা ইরকপশিং মাগী পাউচেদা হাপ্লম্মী। অসিগুম্বা নৌনা ইথৎলক্লিবা লেথকশিং অসিগী মরক্তা বাংলা লোন। যাম্না ফজনা ইবা লেথকশিং থরা যাওরম্মী, মথোয়দুদি, রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়, দীনবন্ধু মিত্র অমসুং বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়নি। বন্দোপাধ্যায় থাদনা মিংচৎ পান্নবা অনৌবা কবিশিং অসিনা ইরকপা কবিতাশিং যন্ত্রনা ইবা মাল্লম্মী মরমদি কবিতা ইনবগী মচাক অমসুং পুম্লিংগী অকনবা ঈহুন মথোয়দা ফাওরমদে। ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী থিজিন-তমজিনবগী ৱাথল মনুং হুঞ্জিনবা ৱাৎলবপু অমসুং মীচং-মীথায় নাইরবসু মাগী নৌরিবা শিষ্যশিংনা নিংথিনা থঙবা ঙম্লমদে।

রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায় (১৮২৬-৮৬) গুপ্তগী সাহিত্যগী শিষ্য অমা ওইবতা নত্তনা পাউচেগীদমক ইবা ফোঙবগী থবক্তসু মহাকা পূম্না তৌমিন্নখিবা অমনি। বন্দোপাধ্যায়সু গুরুওম্না মশা মথন্তনা হোৎনজহনা শিক্ষা ফংখিবা মীশক্লি তৌইগুম্বসুং মহাক্না ফংখিবা জ্ঞান্দি য়াম্না পাকচাউনা কোলম্মী। মহাক ইংরেজী সাহিত্য ফজনা থঙডি অদুগা সংস্কৃত থঙবনা অমুক্তা হেন্না চঙথোলম্মী। ভারতকী অরিবা ইতিহাস অমসুং মুরশা-কৈশাগী মরমদা মহাক য়াম্না থিজিলম্মী। রাজেন্দ্রলাল মিত্রনা উরিস্তাগী মুরশা-কৈশাগী মরমদা অচৌবা লাইরিক ইবা মতমদা রঙ্গলালগী মতেং য়াম্না লৌরম্মী। মরকাম্নগী

কর্মচারী অমা ওইনা উরিষ্যাদা লৈবা মতমদা বন্দোপাধ্যায় উরিয়া সাহিত্য ফজনা পাম্বম্মী অমসুং উরিয়া সাহিত্যগী মরমদা বাংলাদা প্রবন্ধ কয়ামরুম ইরম্মী। অসুম্না উরিয়া সাহিত্যবু উরিষ্যাগী মপান লমদম্শিংদা ইহান হান্না মহাক্না থঙহল্লম্মী। উরিষ্যাগী পরম্পরাগী ঐতিহাসিক ৱারী অমনা য়ুম্ফম ওইদুনা মহাক্না কাব্য অমা ইরম্মী। অদুনা তৌথিবগুম বন্দোপাধ্যায়স্ম সাহিত্যদা হেক খোঙদারকপগী ওল্লিঙৈগী মতমদা চৎনরম্বা বাংলা সাহিত্যগী রীতিবু কন্না য়োকথৎলম্মী। বেথুন সোসাইটিদা পাখোক-খিবা বাংলা সাহিত্যবু হুন্দুনা ইবা চেরোল অমগী পাউথুম ওইনা বন্দোপাধ্যায়না শাংলবা প্রবন্ধ অমা ইরম্মী অমসুং সোসাইটি অসিমক্তদা মসি অমুক পাখোক্লম্মী অমসুং ইকুই কুইদনা লাইরিক মচা অমগুম্না ফোঙলম্মী (১৮৫২)। মসিগী মতুং চহী তরুক লৈরগা ইংরেজীগী শাজিন্নবা অকন-অথোগী ৱারীগী কবিতা 'বজ্রচোমুয়ামাকিয়া' দগী মহাক্না অনুবাদ তৌদুনা ইবা কবিতাগী লাইরিকী ৱাহৌদোক্তা মহাক্না পীথিবা মতশিং থরমথৈ ওন্থোক্নুনা অমসুং য়ুরোপকী কবিতাগী নমুনা লৌদুনা বাংলা কবিতা ইননবা কন্না তকশিন্দুনা ইরম্মী।

টৌতনা ইবা *Annals of Rajasthan* মতমদুগী লাইরিক-লাইগু হৈবা বাঙালী-শিংনা য়াম্না থরায় য়াওনা পানরম্মী অমসুং মসিনা মখোয়গী মপুন্নিংদা মীথা পোনবা জাতিনি হায়বগী অমসুং লানমীদা চঙবা য়াদবদগী য়াম্না তোম্বনা থল্লবদু থরমথৈ কোকহল্লম্মী। মতমদুদা মংবা ভারতকী ইতিহাসতা হৌগ্রবা শতাব্দীশিংদা পাল্লবা মুসলমান নিংথৌশিং ফত্তবা পুম্নমকী তাইশিন্নফম ওইরম্মী, মরম অসিনা লাইরিক-লাইগু হৈরবা বাঙালীশিংনা মখোয়দা দোষ পীশিল্লগতা পেল্লম্মী। সিপাহীগী লানহৌ অরেম্বা তাখিবসিদগী বৃটিশ শাসক কাঙবুগী ইজ্জৎ হেক্কৎহল্লম্মী অদুগা হৌগ্রবা মুসলমান নিংথৌশিংগী ইজ্জৎনা অসুম অসুম হন্থহল্লম্মী। মরম অসিনা মরৈবাক হুংশিবগী থম্মোয় শোক্লবা ঈহৌ পুম্নমক হিন্দুশিংবু তাথি-তাওইননা তৌথি হায়না থঙনরবা মুসলমান শাসকশিংগী মথক্তা হৈথগ্রিবা। অদুম ওইনমক বাঙালী লেখকশিংগী ময়ুক্তা মখোয়গা য়ুম্নোন্নদুনা লৈমিন্নরিবা মুসলমানশিংবু য়েক্লবনি হায়না অতয়না থল্লম্মী হায়বদি লাক্নি। মতমদুগী সাহিত্যগী লোন্দাদা মশাগী অশেংবা মশক তপ্না তপ্না থঙজরক্লিবা মীথা পোল্লবা জাতি অসিনা ফত্তবা পুম্নমকী তাইনফমগী প্রতিরূপ অরেম্বা মুসলমানশিংবু ওইহন্দুনা হেক হেক ইরম্মী।

বন্দোপাধ্যায়গী 'পদ্মিনী উপাখ্যান' (পদ্মিনীগী ৱারী, ১৮৫৮) ইহান হানবা বাংলাদা ইবা অনৌবা মওংগী রোমান্টিক ৱারীনি অমসুং মরৈবাক হুংশিবগী ৱারী ফুমদুনা ইবা অহানবা কাব্যনি। বন্দোপাধ্যায়না ইন্নিবা মওংসি মাইকেল মধুসূদন দত্তকী ইংরেজী

কবিতা *Captive Ladie* ( মাদ্রাজ, ১৮৪৮ ) দা ইরম্বা খুৎইগী মওং অহুদগী লৌরম্বা মাই। মলিগী রারী টৌতনা ইবা দিল্লীগী সুলতান আল্লাউদ্দীনা চিতোর জয় তৌখিবগী মত্তাং অতুনি। প্রস্তাবনাগী শরুক ম্হোটকী রোমান্সতা ইন্নিবদুগী মতৌ তমহুনা ইরি। লমহুগী রারী লাইরিক নিংখিনা খঙলবা চারণ কবি অমনা লমকোয়বা নহা পাখং অমদা নীবগুম্না ইবা রারী মইনি। কাব্যসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা রারী ঙাক্তগীনি। ইরিবা খুৎই থায়নদগী চৎনরক্লিবা রোমান্সকী খুৎইদগী তোঙান্নি। টোমাস মুর, সেক্সপীয়ার অমসুং বাযরোন্নচিংবা ইংরেজী কবিশিংনা ইরম্বা কবিতাশিংগী পরেংশিং খরগী অনুবাদ অমসুং মথোয়দা গা ণরিবা ভাব কাব্যসিগী মশাদা মবক মরক্তা য়াওবা থেংনৈ। ছন্দনা অরিবা পয়ার অমসুং ত্রিপদীগীনি অতুমকপু পয়ার ছন্দদা মাত্রা তরা-মন্নীদগী হেন্না শাংদোকহন্দুনা অনৌবা ছন্দ মথল অমা শেম্নবা হোৎনৈ।

বন্দোপাধ্যায়গী অনীশুবা রারীগী কাব্য 'কর্মদেবী' ( ১৮৬২ ) ফোঙদ্রিঙৈদা মাইকেল মধুসূদন দত্ত অনৌবা মহাকাব্য ( এপিক ) অনী অমিত্রাক্ষর যুক্ত পয়ার ছন্দদা ইহুনা শক্লাইবা কবিনি হায়না মমিং চৎপ্রবনি। তৌইশুবসুং বন্দোপাধ্যায়গী কাব্যসিদা সর্গ নাইনা শ। ক কয়ামুক থোরা থায়দোকপগা ( পদ্মিনীদা অসুম্না সর্গ থায়দোকখিদে ) অমসুং রচনারীতিদা থোইনা শীংথানিংঙাই ওইদবা হেঞ্জিন্না সংশোধন তৌবা দত্তগী আসক্তিগী দোষ খরহুগা নত্তনা দত্ত্ণা খুৎইগী অতৈ প্রভাব চঙলমদে। ( মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমসুং রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায় অনীসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা কলকাতাগী খা-নোংচুপ থংবা চিদাইদা লৈবা খিদিরপুরদা য়ুম্নোম্নহুনা লৈমিন্নরকপদ্ণা মরূপ ওইনা হৌমিন্নরকপনি )। কর্মদেবী অমসুং মথংদা ইখিবা কাব্য 'শুরসুন্দরী' ( থৌনাফবী শকহেনবী ১৮৬৮ ) অনীসিগী রারী রাজপুত ইতিহাসতগী লৌথোকপনি। কর্মদেবীনা পদ্মিনীদগী বর্ণনাদা অমসুং রারী খুৎলিদা ফজবা হেল্লি অমসুং লেখকী স্বদেশ ভক্তিগী আদর্শ ময়েক শেংনা উৎলি। বাঙালীশিংগী খুরবা কল্লকচাওবী রাখল অমসুং তৌ-থোক্লকপদা হুপা থোক্তবা মতৌবু নিন্দা তৌবদা মহাক করিমত্তা চিংনরমদে।

হিন্দুস্থান্দা অমগা অমগা সুকহুং মুংশিনদে। কনামত্তনা মাগী জাতিগী, ইমুং-মহুংগী নত্রগা মরূপ-মপাংগী করিসু থৌশাদে। মরন-মথুম খজিক্তং হেক লৈরকপদা মকোক হেক্তমক হাইগৎলি। থাঙৈশেংনা ইনাক খুনবনা কনানো খুন্দবনা কনানো থঙবদা রানা থোকই। বাঙালীশিং হুপা থোক্তে; হুপী-নহা পাখা হরাও-তয়াখা মথোয়না পাম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা হিদাকফু থকপা হক্সবা লাইফদিবী অমনা শান্নপোৎ ওইরকপা হুপাহুদা কমদৌনা হুপা থো[illegible]া মী অমা ওইরকনি? নোংচুপলোমগী

মীশিংদি হুপাথোক্লা থৌদাং য়াবগা ফংলকপা মহৈ চাবা পাম্বী ময়মশিনা মথোয়না মচাগী শাল্লপোৎ করিনা ফগদগে হায়বা মূল্লা খল্লি।

'শুরসুন্দরী' কাব্যদা রঙ্গলালগী কবিগী শক্তি মরাই চায়থরে হায়বা তশেংনা উবা ফংই অতুমকপু মসিগী চহী তরারোমগী মতুংদা ইবা মহাকী কাব্য 'কাঞ্চী কাবেরী' দা (১৮৭৯) মাগী মাঙহ্নবা শক্তি থরমথৈ হঙ্গিল্লকই। কাব্যসিগী ৱারী উরিয়া সাহিত্যগী ফজরবা রোমান্টিক ৱারী অমদা য়ুম্ফম ওইদুনা পুরুষোত্তমা ইরম্বা অরিবা উরিয়া কবিতা অমদগী লৌথোকপনি। বন্দোপাধ্যায়না হাল্লা ইথিবা তৌশিল্লবা থৌনাফবগী অমম্ভং ময়েক শেংদ্রবা মরৈবাক নিংবগী রস য়াওদ্রবা কবিতাশিং পাবদা পাংদবমা পোকহনখিবদু ইতিহাসকী মচাক্ত। তাংব' পাবদা হুংঙাইরবা অমম্ভং ভক্তিবিশ্বাসকী ৱানা মম্বংদা থূপ্তুনা চেপ্লিবা মাগী 'কাঞ্চী কাবেরী' না কোকহল্লি। ইরিবা খুৎই তনান তনাল্লি। মসিগী ৱারী মথাদা পীরি।

উরিষ্যাগী নিংথৌ কপিলেন্দ্র মচা কুন পোক্লম্মী; মথোয়সিগী মম্বংদা ইতোন তোনবা অমম্ভং থৱাইদগী হেল্লা ফবা পুরুষোত্তম লুহোংদনা লৌবা মা৷৷ হুপীনা পোকপনি। উরিষ্যাগী অধিদেবতা জগন্নাথনা মমঙদা তাকপীরম্বগী মতুংইন্না নিংথৌনা পু৷৷ষোত্তমবু যুবরাজ হাপ্লম্মী। লুহোংদুনা লৌবা হুপীশিংনা পোকপা মাবু হনবা অতৈ মচাশিংনা মসিগীদমক লান হৌরক্লম্মী তৌইগুম্বম্ভং পু যোত্তমা মথোয়বু মাংয়থিবা পীরম্মী অমম্ভং মথোয় পুম্নমক মরৈবাক থাদোক্তুনা চেনখিরম্মী। অহল ওইরবা নিংথৌনা নোংঙ্গাপ্রবগী তুংদা পু৷ যোত্তমা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। কাঞ্চীগী যুবরাণী পদ্মাবতীগা লোইননা মহাকী লুহোংনবা ৱা লোইনরম্মী। কাঞ্চীগী নিংথৌ মমাকহুপা ওইগদৌরিবগা ৱারী-ৱাতাই শাল্লগে হায়দুনা পুরীদা লাক্লম্মী। হুমিত্তু জগন্নাথকী রথযাত্রা হুমিংনি। জগন্নাথকী কাং চিংবা হেক হৌরকপদা উরিষ্যাগী নিংথৌ ৱাইশিৎ-লমশেংবা শাদুনা মথুক্তা সনা-লুপানা লৈতেংলবা শুমজিৎ অমা পায়দুনা কাংগী মমাঙদা চৎলম্মী। মসি৷ থৌদৌসি উরিষ্যাগী নিংথৌদি জগন্নাথকী থৱাইদগী তোল্লবা মনাইনি হায়না তাকপা থায়নদগী চৎনরকপা অমনি। তৌইগুম্বম্ভং কাঞ্চীগী নিংথৌদি চৎনবী অসি৷৷ মম্বংগী অর্থ খঙবা ঙম্নমদে অমম্ভং লম্বীগী ৱাইশিংপা শাবা হুপা অমদা মচাহুপী থাজনিংলমদে। মরম অসিদগী মচাহুপী থাজবগী ৱাদু তোল্লরদুনা মহাক হনখিরম্মী। পুরুষোত্তম শ্বাম্না ইকাইরম্মী অমম্ভং জগন্নাথ দেবতাগী মমাঙদা চহী অহুম, খা অহুম অমম্ভং হুমিৎ হুম্নিগী মম্বংদা কাঞ্চীগী নিংথৌগী নাপল থুদেক্তুনা মাগী মচাহুপীবু অমাং-অশোই শেংবা হুপা অমদা নমদুনা লুহোংদুনা থাজগনি হায়না মহাক ৱাশক্লম্মী। পুরুষোত্তম লানমী তেঙ্গোল মচা অমা পুদুনা কাঞ্চী নিংথৌগী মথক্তা লান্দারম্মী।

লানকাম অতুদা জগন্নাথ অমসুং মাগী মমাম্বা বলরাম ( পুরীগী অতোপ্পা দেবতা অমা ) অনীসিগী রুপা নত্রবদি উরিস্যাগী নিংথৌ মায়খিরমগদৌবনি। মখোয়গী রুপাদগী অমসুং মখোয়না মথংশিংনা অমুবা অমসুং অঙৌবা শগোল অমমমদা তোংদুনা পুরুষোত্তমু লান পাংবিবদগী লাম্দু মহাক্না ঙম্লম্মী। নিংথৌনা পদ্মাবতী অমসুং কাঞ্চীগী দেবতা গনেশপু পুতুনা মাগী কোম্নংদা হন্নরক্লম্মী।

পু।-বোত্তমা পদ্মাবতীবু শাগেজাং তোল্লবা লম্বীগী রাইশিংপা অমদা থাজনবা শেম শারম্মী অদুবু মাগী মন্ত্রীগী লৌশিংনা মতু থোকহনখিদে। মহাক্না নিংথৌনা লুহোংবতু যৈথোকপীনবা হায়জরম্মী, মত নিংথৌনস্ত য়াবম্মী মরমদি মতমমতুদদি মহাক পদ্মাবতীগা লুংশিনরম্মী। রথ যাত্রাগী তুমিং যৌরক্লবদা নিংথৌ ভূমজিং পায়নুনা থোক্লক্লম্মী, মতমতুদা মন্ত্রী পদ্মাবতীবু পুতুনা লাক্লম্মী অমসুং মাগী য়েৎথংবা থুং নিংথৌগী ওইথংবা থুক্তা লাপ্লম্মী। মতমতুদা নিংথৌ অদু লম্বীগী রাইশিংপা অমা ওইরম্মী, মরম অসিনা মাগী রাশক কায়রমদে।

বন্দোপাধ্যায়না কালিদাসকী 'কুমার সম্ভব' ( ১৮৭২ ) অনুবাদ তৌরম্মী অমসুং সংস্কৃত্তা ইবা শ্লোক চনীদগী হেন্না য়াওবা শৈরেং অইবগী মশক মমিং থঙদবা ( 'উদভট" ) বাংলা কবিতাদা অনুবাদ তৌরম্মী।

অনৌবা রীতিগী কবিতা থুংইগী অহানবা থুংমাবা রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়গী অশোয়বা হায়ববু কাব্য থুংইগী তোপ তোপ্পা লোন শেমগৎপা ঙমখিদবসিনি। অরিবা কবিতাদা ইনরিবা লোন অনৌ অনৌবা ভাব ফোঙদোক্লবগী মপাঙ্গল রাংলি অমসুং লোন্দাসিদা ফোঙদোরকপা পুন্নমক তোয়না শিজিন্নমনবদগী লেথোক্লবা অমসুং রস য়াওব্রবা ঙাক্কা ওই। বন্দোপাধ্যায়না মশাগী মাবংহতি শেদ্বা ঙম্লমদে অদুগা অরিবা রাইহেশিংদা অনৌবা মচাক পীশিনবস্থ ঙম্লমদে নত্রগা অরিবগী মফোঙদোক্তা থোং-নৌহনবস্থ ঙমখিদে। মাগী কল্পনা শক্তি লৈজরবস্থ পুক্নিংগী ঈহুন পোকহন্নবগী মপাঙ্গল রাংলম্মী অমসুং মাগী থুংই খুরো ইচেন চেল্লি।

গনেশচন্দ্র কৌবা বন্দোপাধ্যায়গী মচিন-মনাউশিং ( লৈথিদবা ১৮৬৬ ) অমসু কবিতা ইরম্মী অমসুং মতুগী মতংদা থরদি গুপ্তগী পত্রিকাদা হাপ্লম্মী। মহাক্কী মমৈথংগী কবিতাশিংদা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী রাধা-কৃষ্ণগী তুংশি-তুংওনগী কবিতাশিংগী প্রভাব য়া ওই।

তৱানিপানগুবা পন্দুপ

## মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিং

মাইকেল মধুস্দন দত্ত, খৃষ্টান ধর্ম লৌত্রিৱৈদেনা মধুস্দন ( ৮২৬-১৮৭৫ ) হায়না ইচম চম্না কৌনবা, কলকাতাগী মমিং চৎলবা উকিল অমগী মচানি। মচা মম্নামগী মৱক্তা হিংহৌবা অমত্তা ভাইহৌৱবা মচা ওইবদগী য়াম্না লুনা তৌবা মমানা অমসুং অমুক্তা হেন্না লুনা তৌৱবা মপানা মহাকপু কেথোকহল্লম্মী। সমাজগী মনুংদা ময়াম ওইনা লৈরিবা ইমুংশিংগী অঙাংশিংনা তৌবগুম মহাকসু লাইৱিক তম্বা হেক হৌগৎ-লকপদা মমাৱোল অমসুং ফরাসী লোন্দা তম্লম্মী অমসুং মতম খৱা লৈৱগা কলকাতাগী খা-নোংচুপ থংবা চিদাইদা তাবা খিদিরপুরদা লৈবা মখোয়গী য়ুম মনাক্কী ইংরেজী স্কুল অমদা মমিং চন্দুনা মখা তমথখিৱম্মী। সাল ১৮৩৭ তা খিদিরপুরগী স্কুল থাদোক্লগা হিন্দু কোলেজদা চঙখিৱম্মী। মতুংসু অমুক সাল ১৮৩৭ কী ফেব্রুৱারী থাদা ( মথক্কী অৱাংবা বিভাগকী অনীশুবা থাক্তা তম্লিৱৈদো ) খৃষ্টান ধর্ম লৌনবগীদমক থাদোক্লম্মী। মহাক্না তম্লিম্নবা অফবা ছাত্রশিংগী মনুংদা দত্তসু অমা ওইৱম্মী অমসুং ইংরেজী নিংথিনা হৈবা কোলেজ অতুগী ছাত্র অমসু ওইৱম্মী। ছাত্র ওইনা ওইনা ইংরেজীদা কবিতা ইতুনা কলকাতাগী পত্রিকাশিংদা হাপখিবা মাগী ছাত্র দত্তবু কোলেজসিগী অধ্যাপক ডি এল ৱিচার্ডসন্না যাম্না লুনা তৌৱম্মী। খজিক্তং হাযবদা খঙগল্লবা অমসুং মপুক-থোক্কী চাউথোকচবা ৱাখল লৈৱবা অঙাং অসিদা ৱিচাডসনগী প্রভাব যাম্না কন্না তাখিৱম্মী, তৌইগুম্বসুং মতুনা মঙোন্দা করিমত্তা কাম্নহল্লমদে।

দত্তনা ইংরেজী কবিতাবু পামখিবস মপান্থোংগী প্রভাবশিংদগী ফংখিবা মহৈনা নৎলমদে, মহাক্না মথৱায় তাজখিবা পাকা সাহেব ওইনিংবগী ৱাখলদগীনি অমসুং মসিমক্না মহাক মাগী মপুন্সিদা মায়থিবা ফংখিবনি। কোলেজদা তম্লিৱৈ মতমদা ইংরেজীদা মহাক্না কবিতা ইখিবশিং অতুগীদমক মাবু থাগৎনখিবা মাগী মকোক্তা তুংতুনা লৈখিৱম্মী। মহাক নোংমদি ইংরেজী কবি অমনি হায়না বিলাত্তা মাগী মিংচৎ শন্দোক্লগনি মায়বসিগী মঙলান্দা তাউতুনা লৈৱম্মী। মাগী কবিতাশিংদা মসিগী ৱাখল তত্তনা ফোঙদোক্লম্মী :

> লানবা তাই আত্লান্টিক্কী পাক্লবা ঈপাক
> ফংনবা মিংচৎ নত্রবদি ফংগনি
> মিংনাইরবা মোংকম।

কোলেজদা তম্মিরবা ছাত্রশিংবু থাম্বুনা ইবা মাগী কবিতা মচা ( সোনেট ) অমদা মহাক মশাগী শক্তম অম্মুম্না তাকচৈ :

লাইগী নোংদমদৈ শাক্তবীনবা চৈত
পোমশাংনরিদো অসিদা
মখোয়গী লাইবক চৈতেংগনি নোংমদি
কবিগী মিংচংনা
শক্তনি পক্কং শান' লেংলগা মচেম মনাউ
মাপান্না লাইগী ঈশৈ
শুমহৎলগনি তাইবংপান তাবদা মখোয়গী
খোইথুম্বরব' ঈশৈ
অহুগা পুথিনি হুম হুমত্তুনা খোম্থোক খুদিংগী
খোম্থাংদো মতম ঈপাকথক্তা
লোইনাইত্রবা যুগ যুগান্তরদা।

সাল ১৮৪২ গী ওক্টোবরদা কবিতাদা মথন্নায় লূপপ্রবা নহা অসিনা মাগী কবিতা খন্না ব্লেকউডস মেগাজিনগী সম্পাদক্তা পত্রিকাসিদা ফোঙদোকপীননবা থান্নী। কবিতাশিং অসিগী উৎসর্গদা অস্মুম্না ইরম্মী, 'কবিতাশিং অসি যাম্না ইকাইথুম্না কবি বিলিয়ম ৱার্ডস্‌ৱার্থকী মফমদা কংচৈ, কংচরিবনা কবিগী প্রতিভাদা শ্রদ্ধা লৈজবা মীয়েৎবাক মচা অমা লেথক।' তৌইগুম্বসুং কবিতাশিং অসি কয়ম তৌগ্রবগে করি অমত্তা থওইথিদ্রে। সাল ১৮৪৩ গী ফেব্রুৱারীদা মমুমগী মীশিং, মরুপ মপাংশিং অমসুং মাগী কাঙলূপকী মীওই কয়ামকম্না যাম্না কন্না থাম্না থাম্না দত্ত খৃষ্টান ধর্ম লৌননবগীদমক কোলেজ অমসুং মমুম থাদোক্তনা চংখিরম্মী। অমত্তা ঙায়জরবা মচাহুবু পুমথা থাদোকপা ঙমদ্রবা মপানা বিশোপস কোলেজগী সাধারণ বিভাগতা খৃষ্টান ওন্দুনা লাইরিক তম্লিবা মচাগী খরচ পুম্বা পীরম্মী। কোলেজ অসিদা মহাক সাল ১৮৪৮ গী হৌরকপা মতম ফাওবা ইংরেজীদা নত্তনা লাটিন, গ্রীক হিব্রু, ফারসী অমসুং সংস্কৃত তম্লম্মী। বিশোপস কোলেজদা লাইরিক তম্লিঙৈদা মহাক্না ফারসী কবিতা খন্না ইংরেজী কবিতা ওইনা অনুবাদ তৌরম্মী। মপানা মাগী খরচ পীথিদ্রবদা দত্ত কোলেজদা তম্বা তোক্তুনা মাগী তিম্নবা থা ভারতকী ছাত্রশিং খরগা লোইননা মাদ্রাজদা চংখিরম্মী। মাদ্রাজগী খৃষ্টান কাঙবুনা হোংনত্তুনা দত্ত 'মাদ্রাজ মেল ওর্ফান এসাইলম' গা পুনশিন্নত্তুনা লৈবা স্কুল অমগী ইংরেজীগী ওজা হাপ্রম্মী। ওজা ওইবা চহীনিদা দত্ত নীলগিরিগী চা বাগান অমগী অপু ইংরেজ অমগী মচানুপী এংলো ইণ্ডিয়ান

তৈলাবী অমা লুহোঙ্খ্রেনা লৌরম্মী অমসুং মকমতুদা মাদ্রাস চদীংতানা ইংরেজী কবিতা ইরগে হায়না খৌরাং তৌরম্মী। মাগী কবিতা খরা 'মাদ্রাজ সার্কুলার', 'স্পেকটেটর' অমসুং 'এথিনিয়ম' নচিংবা পত্রিকাশিংদা পেনপোয়েম হায়বা অপাবা মিংলৌসি কৌদুনা ফোঙদোকখ্রম্মী। মহাক মতম খরা 'এথিনিয়ম' অমসুং 'স্পেকটেটর'গী সম্পাদকী লোইশঙদা থবক তৌরম্মী অমসুং 'হিন্দু ক্রোনিকল' পত্রিকাগী সম্পাদকসু চয়োল খরা ওইরম্মী। ঐথোয়না ফংবদা দত্ত মতমদুদা মাদ্রাজ কেন্দ্রগী শিক্ষাগী প্রতিষ্ঠান হায়না খঙনবা মাদ্রাজ বিশ্ববিদ্যালয়গী হাই স্কুলগী বিভাগতা অনীশুবা ওজা ওইরম্মী। ফম অসি মহাক্না কলকাতাদা সাল ১৮৫৬ তা চত্রিঙৈ ফাওবা পায়রম্মী।

সাল ১৮৪৮ ডিসেম্বর থাদা মাগী খ্বাইদগী ফজরবা অমসুং শাংলবা ইংরেজী কাব্য 'দি কেপটিভ লেডি' ফোঙখ্রম্মী। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইবা মহাক্কী 'ভিজনস ওব দি পাষ্ট' হায়বা মহাক্কী পরেং তরামরীদা ইবা কবিতা অমসুং 'দি কেপটিভ লেডি' দা হাপচিনবা শরুক অমা ওইনা অনীসি পুল্লপ ফোঙমিন্নখি। 'দি কেপটিভ লেডি'গী ম্নারী কনৌজ অমসুং দিল্লীগী নিংথৌশিংনা অমগা অমগা মাঙমিন্নবগী মতৌদা য়েংথিনবদগী মহম্মদ ঘোরীনা তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী থেঙথরকপা মতমদা দিল্লীবু ইরাই লাইনা জয় তৌখিবা অদুগী মরমদা ইবনি। মসিদা ইতিহাসকী শরুক য়াওরবনিনা মসিবু ঐতিহাসিক কাব্য কৌবদি য়াদে। অদুমকপু ভারতবর্ষগী কবি অমনা অপাক্লনা নত্রবস্থ মুসলমানশিংনা ভারতবংবু জয় তৌখিবগী মরমদা ইবা ইহান হানবা কাব্যনি। মসিগী নায়িকা বন্দা থাদোকখিবী সীতাগী আদর্শগা চানহন্দুনা শেম্মী।

কলকাতাগী অপাবশিংনা 'দি কেপটিভ লেডি'বু পংপাম পায়খিদে, মরম অসিনা দত্তগী পুক্নিং নিংহম্নরম্মী অমসুং কাব্যসি ফোঙখ্রবা মতুংদা মহাক্না ইবা হৌখিবা অতৈ কবিতাশিং মখা তানা ইথনিংলমদে। মহাক মতমদুদা বাংলা কবিতা ইনিংবগী ভাব লৈরম্মী হায়বসি মহাক্না মাপ্পা স্কুল তম্নিঙৈদগী চান্নবা তিন্নরকপা মরূপ গৌরদাস বসাক্তা (সাল ১৮৪৯ গী আগষ্ট থাগী তাং ১৮ দা) ইবা চিঠিদগী খঙবা ঙম্মী। চিঠিদু অসুম্না ইরম্মী, 'টামিল তম্নবগীদমক ঐহাক হুম্নিং খুদিং পুং কয়ামকম পুক্নিং চঙনা হোৎনৈ হায়বসি নহাক খঙলিরাই। স্কুলদা অম্নিবা অঙাং অমদগী ঐনা থবক চিনবা হেল্লি। ঐগী নোংমদা চঙলিবা মতমশিং অসিনি ৬ তগী ৮ ফাওবদা হিব্রু, ৮ দগী ১২ ফাওবদা স্কুলদা, ১২ দগী ২ ফাওবদা গ্রীক, ২ দগী ৫ ফাওবদা তেলেগু অমসুং সংস্কৃত; ৫ দগী ৭ ফাওবদা লাটিন অমসুং ৭ তগী ১০ ফাওবদা ইংরেজী। মসিবু ইপা-ইপুশিংগী লোনবু মঙান নাইবগীদমক ঐনা হোৎনরিবা নত্রা?'

মমানা লৈথিল্লবা মতুং চহী অহুম লৈরগা দত্তগী মপা সাল ১৮৫৫ দা লোক্লাখিরম্মী অমসুং মপানা থম্বিরম্বা সম্পত্তিশিং পায়শিন্নবগী মহাক কলকাতাদা হল্লকপা তারম্মী। চহী অলিমক্তদা মাগী অহানবা লোবা হুপীগা মহাক্না থাইনরম্মী অমসুং হেনরীতা কৌবী মপা ফরাসীনা পোকপা ওঝা অমগী মচাহুপী অমা মহাক লুহোংলম্মী। অনীশুবা লুহোংবা অসিদি হুংঙাই-য়াইফনা পানবা য়ুম্বান ওইখিরম্মী।

দত্ত কলকাতাদা সাল ১৮৫৬ কী ফেব্রুৱারী তাং অনীদা হল্লকম্মী। মরূপ-মপাংশিংনা হোৎনবিদুনা মহাক পুলিশ আদালতকী কেরানি মকোক্কী ফম অমা পায়রম্মী অমসুং মতম খরা লৈরগা পুলিশ কোর্টকী লোল হন্দোক-হঙ্গিন তৌবগী থবক্তা ফম কাযম্মী। মতম অসিদগীনা মহাক্না ইংলণ্ডদা চৎথিবা মতম সাল ১৮৬২ গী ময়ায় চল্লকপা মতাঙ অসি ফাওবগী মতমসি দত্তগী পুন্সিগী থ্বাইদগী হুংঙাইবা অমসুং হোৎনজমন মহৈ য়ানথিবা মতম্নি। মহাক লেম-পারবা তলব ফংলম্মী, অমসুং মরাং কায়রবা য়ুম অমদা (৬ শুবা লোৱার চিৎপুর রোড [১]) লৈরম্মী। মসিগী য়ুমসি মানা থবক তৌরিবা ওফিসকা হেক মায়োক্কনা লৈরম্মী। মতমসিদা মহাক মী অমনা ওন্ফম থোক্ত্রবা থৌদোদা কন্না হোৎনদুনা নাটক অমসুং কবিতা কয়ামরুম ইরম্মী; মহাক্না ইথিবশিং অসিনা বাংলা সাহিত্যদা বৈপ্লবিক ওইবা অহোংবা অমা পুরক্লম্মী। মতম অসিদা আদালত্তা উকিলগী থবক তৌননবসু হোৎনরম্মী।

মপা-মপুগী সম্পত্তিশিংবু বেদখল তৌদুনা চারম্বশিংগী মখুত্তগী লৌথোকপা হায়বসি অরায়বা থবক ওইরমদে। মসিগীদমক কোর্টতা মকদ্দমা তৌবা তারম্মী, পৈশা তিংলম্মী অমসুং মকোক চাউরম্মী। অদুবু বিদ্যাসাগরনা মহাক্কী মতেং পাংবীদুনা সম্পত্তিশিং অসি অচাবা মমলদা কিত্তি থিহন্দুনা য়োন্থোক্লনবা শীনবীরম্মী। অসুম্না পৈশা শোয়দনা ফংলগনি হায়বসি থওলবা মতুংদা মহাক কেণ্ডিয়া (*Candia*) জাহাজ তোংদুনা সাল ১৮৬২ গী জুন তাং ৯ দা ইংলণ্ড চৎননবা থোঙশানখিরম্মী। মাগী হুপী অমসুং মচা কলকাতাদা অদুম থম্লম্মী। লণ্ডন্দা থুংলরবা তুংদা মহাক গ্রেগী ইন্দা মমিং চন্দুনা আইন-কানন তম্বা হৌরম্মী তৌইগুম্বসুং মাগী কা হেন্না খরচ তৌবদুগা ময়ুমদগী চাং নাইনা থারক্তবগা আইন তম্বদা য়াম্না খুদোং চারমদে অমসুং মথং ওল্লকপা চহীগী মরায় চল্লকপা মতমদা মহাক পেরিসতা চৎলম্মী। পেরিসতা চাত্রিঙৈ মমাঙদা মাগী হুপী অমসুং মচা মাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। পেরিসতা লেনথিবা মাগী পুন্সি অকিবগী

(১) মাগী বাংলাদা ইবা লাইরিক অমসুং নত্তনা পুয়মক য়ুমসিদা লৈরিঙৈ হাক্লক্তা ইথিবনি। বীরাঙ্গনাদি থিদিরপুরদা ইথিবনি

মশক ওইরম্মী মরম অসিনা মাগী ইমুং-মচুংগা লোয়ননা মহাক ভের্সাইলোমদা অমুক চৎলম্মী, মফম অসিদসু বিদ্যাসাগরনা করিগুম্বা মাগী মতেং পাংবিরমগ্রবদি মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা থুদোং চারম্লোই।

দত্তনা য়ুরোপ্তা লৈরিঙৈদা কয়ামুক য়াম্না ৱাখিবগে হায়বসি মহাক্না লণ্ডনদগী বিদ্যাসাগরদা সাল ১৮৬৬ কী জুন তাং ১৮ দা ইরকপা চিঠিদগী ফংই। মহাক্না অসুম্না ইরম্মী: 'ঐনা ঐগী হুপীদা অসুম্না থঙহল্লে মতুদি ঐনা কলকাতাদা থুংলরগা নঙগী নয়ুমগী কা অমদা ঐবু লৈহনবিগনি অদুগা থবাব অমসুং হকচাং ...ম্না হিংহন্নবগী চেং-চাকসু নঙনা পীবিগনি হায়না।' সাল ১৮৬৫ লোইরকপদা মহাক লণ্ডন্দা হল্লকম্মী অমসুং আইন তম্বদু লোইশিল্লম্মী। সাল ১৮৬৬ কী নবেম্বর থাদা মহাক উকিল ওইবা য়ারম্মী অমসুং ফেব্রুৱারী থাদা কলকাতাদা হল্লকগা হায় কোর্টকী উকিল ওইরম্মী।

কবি ওইবগী পুন্নিংগী অবস্থা শেম-শাগৎপদা য়ুরোপ্তা চহী ৫ লৈরুবদুনা মহাকপু পুম্নাঙমক মাঙহনখিদেদি হায়ববু অসুম্না লৈরুবসিনা কান্নিংঙাই থুদোং চাবসু মহাক ফংখিদে অমসুং মংাক্কসু মতুবু ফংননবা করিসু থল্লুদে। মফমতুদা লৈরিঙৈদা মহাক ফারসী লোন চর্চা তৌনবগী থুদোংচাবা ফংলম্মী অমসুং ইটালী অমসুং জার্মান লোন হৈরক্লম্মী। সাল ১৮৬৫ গী জানুৱারি থাগী তাং ৯ দা মহাক্না ভের্সাইদগী বিদ্যাসাগরদা অসুম্না চিঠি ইরকখি 'লাইবকথৌরবা দেশান্তরগী মতম্বু থ্রাইদগী হেনবা অফবা থবক্তা শিজিন্নহৌনবা ঐনা হোৎনরি। অদুগা ঐনা হায়রিবসি নাপলগী ৱা নত্তে, হিংলিবা বাঙালীশিংগী মচুংদা লোন ময়াম খঙবসি ঐনা ইহেল মহেল্লগনি।' ভের্সাইদা লৈরিঙৈদা দত্তনা চতুর্দ্দশপদী কবিতা কয়ামকুম ইরম্মী। মসি মাগী সাহিত্য জীবনগী অরোইবা থোঙফম্নি।

সাল ১৮৬৫ দগীনা মশা লৈখিদবা সাল ১৮৭৩ গী জুন তাং ২৮ ফাওবগী দত্তগী পুন্সি নীংবা কায়বগী, মরাই চাইথরকপগী অমসুং পুম্নাঙ মাঙখিবগী ইতিহাসনি। মসিগী মচুংদা মহাক্না ইখিবা হায়ববু অঙাংশিংগী কবিতাশিং থরা, অরাবনা পোলোইবা রোমান্টিক নাটক অমগা অমসুং ইলিয়াদ (*Iliad*) তগী লৌথোক্লুনা গদ্যদা ইবা 'হেক্টরবধ' হায়বা ৱারীসিগা অসিতনি।

বাংলা লোনগী লেথক ওইনা দত্তনা অহানবা থোক্লকখিবসি নাটক ইদুনা হৌরকপনি; মসিগী ৱা মথক্তসু পনগ্রে। মসি অয়াম্বনা লাইগী লোংদম অমদগী থোকখিবা থৌদোক্নি হায়না খাজনবদুদি নত্তে। মাদ্রাজদা লৈরিঙৈদা দত্তনা 'রিজিয়া'

হায়বা নাট্য কাব্য অমা ইংরেজীদা ইথুনা কাব্য খুৎইবা অহানবা খুৎ থাবা হৌখিরম্মী। মসিগী নাট্য কাব্যসি কোংদি ফোংদোকখিদে। মহাক্না সাল ১৮৫৯ গী কুমচৎ মতমদগী হৌনা বাংলা কবিতা ইননবগীদমক শেম শারম্মী হায়বসি মথক্তা পনখ্রবা মহাক্না ইবা চিঠি অমদ॥ থস্তবা ঙম্মী। মহাক্না বাংলাদা ইবা হৌগত্রিক্তে থা থরগী মমাঙদা মহাক্না পামজবা ভারতকী কবি কালিদাসকী হায়না পাহুনা লোইশ্রবা লাইরিকশিং পণ্ডিত অমগা তানহুনা অমুক হন্না পারম্মী অমসুং মহাক্না অহানবা ইবা থোরককপা মতমদা ইখিবশিংদা অচৌবা কবিসিগী প্রভাব তারিবচু য়াম্না ময়েক শেংনা উবা ফংই। 'শর্মিষ্ঠা' নাটক্তা কালিদাসনা ইরমদগী লৌথোক্লুনা ইবা শরুকশিং য়াওবদা নত্তনা দত্তনা কবিসিগী মফমদা তৌবীমল থস্তবা উত্তুনা ইবগী প্রমাণ কন্নামক্নম য়াওরি। মহাক্কী অহানবা বীর রসাত্মক মহাকাব্যগী মমিং 'তিলোত্তমা সম্ভব' হায়না থোনখিবসি কালিদাসকী 'কুমার সম্ভব' কী মতো তমদুনা থোনবনি। মহাক্না মরূপ অমদা ইবা চিঠিদা নায়ক চরিত্রদা অপাম মিহৌবগী ভাব য়াওহ্রিবসি মঙোন্দা তাখিবা কালিদাসকী প্রভাবননি হায়না মশানা য়াজরম্মী।

দত্তনা বাংলা কবিতা ইবা হৌখিবসি পায়ার অমসুং মিত্রাক্ষর ছন্দ॥ খুৎইবু লৌথোক্লবগীদমক চাং য়েংবা ওইনা হৌখিবনি। পয়ারগী শব্দমাত্রা তরামথীগী পংক্তি মথী মথী অনীগী ছন্দগী খোঙফম তোপ্পা তোপ্পা তাহন্দুনা (অনীশুবা ছন্দগী খোঙফমদা যতি) থম্মী অমসুং মসিগা লোইননা তাল অমসুং লয় পংক্তি খুদিং চানহল্লি অমসুং পংক্তি অনী অমগা অমগা মাত্রা অমসুং শব্দগী চাং মান্নরবদি পদ অমা ওই। অসুম তৌবসিনা মহৌশা মরম্নাই চেহ্নজরক্কদৌবা ফোংদোক্লবগী শক্তিবু অমসুং রাহৈশিংগী মরম্নাই মথং-মনাউ নাইনা লাকচগদৌবদুবু য়াম্না খুরো.চেলহল্লি। দত্তনা ছন্দগী অসিগুম্বা অথিংবা অসিবু লৌথোক্লম্মী (অমসুং পংক্তিশিং অমগা অমগা মান্নহন্দুনা পদ শেম্বা থুগাইরম্মী) অমসুং অরোইবা যতি থম্লিংবা মফমদা হায়রবদি রাহৈ পরেংগী অহানবদরা, অনীশুবদরা, অহুমশুবদরা নত্রগা ইরোই লোইরকপদরা থম্লিংবা অমদা থম্লম্মী। অসুম তৌনা মধুসূদন দত্তনা বাংলা ছন্দবু 'মুক্তি' পৎহল্লম্মী। অসিগুম্বা ছন্দরীতিগী মমিং 'অমিত্রাক্ষর' (পদ নাইদবা হায়বদি অক্ষর মান্নদবা) হায়না মহাক্না কৌরম্মী। মসিগী ছন্দ রীতিসি মাগী অনীশুবা নাটক পদ্মাবতীদা মখীং পংযামদি য়ামদনা পংক্তি থরদা ইহান হান্না ইহুনা চাং য়েংলম্মী। মা॥ অহানবা বাংলা কাব্য 'তিলোত্তমা সম্ভব' (তিলোত্তমা থোংদোরকপা ১৮৬০) অমসুং মপুং ফারবা কাব্যশিং 'মেঘনাদবধ' অমসুং 'বীরাঙ্গনা' অমসুং চতুর্দশপদী কবিতাশিং হায়রিবা মখীং তম্নবা শরার খুৎথৈনিদা পুমই ইরম্বী।

কবি মশানা 'মহাকাব্য অমাংবী' মতুং চনবনি হায়না শীংথানখিবা অহানবী কাব্যসি সর্গ মরীদা ইবনি অমসুং মসিগী সর্গ অনীমক কবিগী কোলেজ তম্মিরিঙৈগী মতম্‌দা অমসুং মাগী কবিতাশিং শীংথানবদা মায়কৈ থোক্লম্বা রাজেন্দ্রলাল মিত্রনা থং থাদুনা কোওবা 'বিবিধার্থ সংগ্রহ' ( মথক মথেল ময়াম থোমজিনবা ) কৌবা পত্রিকাদা হায়না ফোঙদোকখিবনি। বাল্মীকি হিন্দুশিংগী পুরাণদগী লৌখোকপনি অমসুং ময়াম শম্মিন্না ই। সুন্দ অমসুং উপসুন্দ কৌবা হিংচাবা মচিন-মনাউ অনীমক অমুক্কী মতিক মগাকল চাউরম্বী লাইশিংগী শক্তি ফাওবা শীংনরম্মী। মসিবু ওকথোক্লবগদবক সৃষ্টিকর্তা ব্রহ্মানা মহাক্না শেমখি-শাখিবা পুম্নমক্কী ফজবগী মচি মখে থোমজিল্লগা তিলোত্তমা কৌবী মশক মতৌ ফজবদা মাগা মান্নবী অমা লৈশ্রবী অপ্সরা অমা শেম্লম্মী। মহাকপু হিংচাবা মচিন-মনাউনিগী মনাক্তা থারম্মী অমসুং মখোয় অনীমক মহাকপু পাম্লম্মী অমসুং মশা মশাগী ওইনা লৌগে নীংনরম্মী। মরম অসিদগী মখোয় অনি অকনবা লান শোক্লম্মী অমসুং লানফমদুদা অনীমক মথম্লায় থাখি। অনীমক অসুম্না শিপ্রবগী তুংদা তিলোত্তমা থরাম্মিচাক ওন্দুনা স্বর্গধামগী চংখিরম্মী। ( হিন্দু পুরানদসি তিলোত্তমা হায়বীসি স্বর্গগী লাইরেম্বী অমনি হায় )

কবিনা বাল্মীকিদা অতোপ অতোপ্পা চরিত্রগী শক্তমদা মগুন কয়া চাউদবা দেবতাশিং হাপচিল্লি। মখোয়গী মরক্তা থরা অমদি বাংলাগী উমং লাইশিংনি অতুগা থরা অমনা গ্রীককী লাইশিংগী প্রতিরূপনি। মসিদা য়াওরিবা ভক্তি অমসুং আরাধা-নাগী চরিত্রশিং কবিগী থৃংশেম্নি। লৈশেম্বীবা ব্রহ্মাবু কবিগুমদা গ্রীককী দেবতা জেউসকী মতৌগা মান্না উহ্‌রি। বাল্মী মশাদা হোমরগী প্রভাব য়াম্না চঙই অতুমকপু ভারতকী ওইবা শকক্লা মপুং ওই। শকুকশিং থরদা গ্রীককী লোন্দগী অনুবাদ তৌবদৌনা ইবা য়াওই। মসিগী পনবা য়াবা খুদমদি কাব্যগী লাইরেম্বীবু 'পাখোম ঙৌবী' ( "শ্বেতভুজা" ) হায়বা বিশেষণ শিজিন্নদুনা কৌরম্বা অসিনি। মসি হোমরনা 'ইলিয়াদ' দা য়াওবা নায়িকা অহুম হেরী, হেলেনী অমসুং এন্ড্রোমাখিবু তাকপদা শিজিন্নখিবা মওংদুদগী অনুবাদ তৌবনি।

দত্তনা মাগী 'তিলোত্তমা' ইংরেজীদা অনুবাদ তৌনবা হোৎনরম্মী অদুবু পরেং থরা ইরম্বদগী হেন্না মথা চথরমদে।

মথংগী কাব্যদা ( মসিমক্ত লেখকনা মাদী মরুপ অমদা ইবা চিঠিদা 'মহাকাব্য' নি হায়রম্মী ) রাবণ অমসুং মাগী মখোনা কন্ননা মচা ইন্দ্রজিৎ ( ইন্দ্রবু ভবা ) মেঘনাদ ( অথাক-অমাউগী খোঞ্জাউ ) হায়নমক্ত কৌবা অনীগী অমাকনা থরবা খামীবু থাক্লা ইবনি। ভারতকী পুরাণ বাল্মীকিগী অকল-অথোশিং অমসুং তমখিবশিংদী তবিনসিংবু

হেন্না পাম্লম্মী। মসিগী মরমদি গ্রীক্কী পুরাণদা য়াওবা মহাক্না পামজবা চরিত্রশিংগা অমসুং মহাক মশাগী রাখলগা চানরম্মী। মরম অসিগীনি মহাক্না মহাক্কী অহানবা নাটক্কী নায়িকা অসুর কন্যা অমসুং মাগী মহাকাব্য অনীগী নায়ক অসুর অমসুং রাক্ষস ওইহনল্লিবা। কবিনা রাম্না অঙাং ওইরিবৈ মতমদা অহল ওইরবা বাঙালী কবি কৃত্তিবাসকী লাইরিক পাবদগী রামগী রাম্নী খঙলম্মী। অহল ওইরবা বাঙালী কবিনা ইরম্বা মরমচৎ ফজরবা অমসুং তপ্লবা নায়কসিগী চরিত্র দত্তগী মপুন্নিংদা কবিগুম্বা অমম্ভা ফাওহনবা ঙমখিদে। মহাক্না পাম্লিবদি ইচং থোবা রাক্ষসশিংগী শাজত্তুনি। মরম অসিনা লঙ্কানা মায়থিহুনা তুথিবগী মতাঙবু মাগী মথং বীররসকী কাব্যগী বিষয় ওইনা খন্দুনা (ত্রোয়না তুথিবা মতোগা মাম্লবা অসিদগী ওইরম্বা য়াই) ইবা মতমদা রাবন অমসুং মেঘনাদপু নায়ক ওইহন্নবা থনবা হায়বসি মশানা তৌক্কম থোক্লবা রানি। (মহাক্না চৎনরিবা ইন্দ্রজিৎ হাযবা মিঙ্গৌসিগী মহুত্তা মেঘনাদ হায়বা মিঙ্গৌসিবু শিজিন্নবগী মরমদি মসিদা য়াওরিবা অশাংবা স্বরবর্ণ অনীগী থোঙ্খোক য়াওবসিনা থোঙ্খোক্তা ইন্দ্রজিৎ হায়বা মিঙ্গৌসিদগী লূম্বা হেনবা অসিননি।) লঙ্কা নিংথৌগী হনবা নাইত্রবা মরীংজেনগা মহাক মশাগী পোথাফম খঙত্রবা, তুংগী থনবা ঙমদবা অমসুং অচাউরম কাবগী রাখলগা হায়যেৎ মাম্লবগুম্বা অমা মঙোন্দা ফাওরম্মী। মহাক মাগী রাক্ষশ নায়ক অতুগুম্না মপাঙ্খোংদা মপুক তপ্না অমসুং নাইতোম তারবা মীশক অমগুম লৈরবস্থ মবুক মহুংদা য়াম্না থোয়চৎ-রাংচৎনরম্মী। রাবনগী চরিত্র অসিনা মাগী কল্পনাগী শক্তিবু চাউথৎহল্লি অমসুং মশেক-মঙাল নাইহল্লি হায়না মহাক্না মাগী মরুপ অমদা থাবা চিঠিদা ইরম্মী। সমাজগী ময়াম ওইনা লৈবা হিন্দুগী ইমুং মহুংদা পোকপা দত্তনা রামবু সন্মান তৌরোইদবগী মরম লৈতে। অদুগা মপা-মপুনা চৎলম্বা ধর্ম থাদোক্লখদগী মহাক্না কবিগুম্বা রামদা ভক্তি লৈখিদত্রা হায়বস্থ নত্তে। তৌইগুম্বসুং রাম্না রাক্ষশশিংবু ঙমখিবসি মহাক য়ানিংলমদে, মরমদি রামগী লাম্মীশিং য়োং ঙাক্তগীনি অমসুং মহাক্না লান ঙমখিবস্থ রাবনগী মনাউমুপাম্না বিশ্বাশঘাট তৌখিবদগীনি। কাব্যগী অনীগুবা শরুক ইরিবৈ মতমদা মহাক্না মাগী মরুপ অমদা অস্নুম্না ইরম্মী, 'মহাক (রাবন) পুকচেল চাউবা মীনি অমসুং কবিগুম্বা মপুক্লচেল ফজত্রবা বিভীষণ লৈরমদবা থোক্লম্লবদি য়োং লাম্মীশিংহু সমুদ্রগী ঊশিং লেকহনলমগদৌরনি।'

'মেঘনাদ বধ কাব্য' (মেঘনাদ তুবা) সাল ১৮৬১ দা থগু অনীদা থা থরা কাম্লনা মথং মথং ফোঙলম্মী। সংস্কৃত আলঙ্কারিকশিংনা তাকপা সূত্রদা মহাকাব্যদি সর্গ নিপান্দগী হেন্না লৈগদবনি হায়রা অদুগী মতুংইন্না কাব্যসি সর্গ মাপন থোক্না থাম্লহোক্লম্মী। কবিনা অহানবদা বীররসকী কাব্য অমা ইঁগে খন্দুনা হেক ইবা

ঙহৌগৎলকপগী মচিনখৈদো অকনবা ৱাঙাং শিজিন্নদুনা ইবা হৌগৎলগী তৌইগুমহৌং মমুঙ্গী চাং তুংইন্নবা পুবা ঙম্লমদে অমসুং য়াওরিবা অৱাংবা ভাব অদুসু লেঙদনা থম্বা ঙমখিদে। কবিগী প্রতিভা অৱাবা থাঙবদগী বিদ্রোহগী ভাবনা হেন্নমী অমসুং মশাদা য়াওরিবা গীতি কবিতাগী হৈনবী অদুবু তুংকোইনা নমশিন্দুনা থম্বা ঙম্লমদে। মশিগী মহৈনা ৱারী মথা চথরকপগালোইন-লোইননা গীতি কবিতাগী খোক্লক্লিবা সুর অদুম ঙমেক শেংবা হেন্দৎলকই। কাব্য অসি মইৱগে হায়না মতম চঙনা হোৎনৱগা ইথিবা নত্তে, শঙহৌদনা হৌরকখিবা ইনিংবগী ঈহৌ অমসুং অচুপ্রেরনাদগী থুদক্না ইখিবা ওইবনা কাব্যগী ঈচেলদা য়াওরিবা মগুণ চাং মাম্নদে অমসুং ঘটনা অমসুং ৱারীগী মরক্তা পুংবা চানা পুথৎপগ্ন ঙমখিদে।

অসিগুম্বা অশোয়বশিং য়াওনা য়াওনা "মেঘনাদ বধ কাব্য" দত্তগী থ্রাইদগী চঙ-খোনবা সাহিত্যগী থুংইনি। মুক্ত পয়ার ছন্দগী কাব্যসিদা চেল্লিবা ঈচেল তনান তনাল্লি, শিজিন্নরিবা ৱাহৈগী লৈচন ত্রু তকুই অমসুং চরিত্র চিত্র মশা মশাগী অতাবীগা চানৈ। য়ুরোপকী কলা কৌশল, হায়বদি হোমর, ভর্জিল, দান্তে, টাসসো অমসুং মিলটনগী কলা কৌশল মপুং ওইনা শিজিন্নৈ, অমসুং চরিত্র শেম্বদা অমসুং ভাব ফোঙদোকপদা গ্রীকী রীতি চঙলিবশিং তশেং তশেংনা অমসুং য়াম্না তোয়না উবা ফংই। অদুম ওইনমক ভারতকী আলঙ্কারিকশিংনা য়াৎলম্বা পদ্ধতিশিং ফজনা ঙাকই অমসুং ভারতকী হৌনবী পরিবেশ অথোই-অহেন থম্না নাইরবসু লেঙদনা থম্মী। ভারতকী থোইদোক্না পায়রবা মহাকাব্যগী ৱারীগী বীরচরিত্রশিং কবিনা মাগী য়ুগকী চেতনাগা চানহন্দুনা শেম্বদা থোইদোক্না মায় পাক্লম্মী। ৱাবন অমসুং মেঘনাদকী ৱানা লোমখিবা ৱারীসিদা কবি মশাগী অমসুং মীথা পোনবগী অমসুং মিংচৎ মাঙবগী হৃংনাংবা ৱাথলগা লোয়ননা য়াকাইমক্লিবা জাতিগী থম্মোয়গী আত্মা চেতনাবু মথৱায় মম্নি পালহল্লি।

মনীং তম্নবা পয়ার ছন্দগী কাব্যগী থুংইদা ইবা মথংগী কাব্য "বীরাঙ্গনা" (থোনা-ঙবী হূপী, সাল ১৮৬২) মসি বীরাঙ্গনা কৌজরবসু গীতি কাব্যনি। ইরিবা লোন নাল্লি, ছন্দগী থোম্হোক মেংই। পৌরাণিক ৱারী অমসুং মহাকাব্যশিংদা শীংথানরবী হূপীশিংনা মথোয় মথোয়গী মপুরোইবশিং নত্রগা হুংশিবশিংগী মফমদা থাবা চিঠি কুনমাথোইথক মলিদা য়াওই। দত্তনা ইরিবা থুংই ওভিদকী 'হেরোইদায়' কৌবা কাব্যগী থুংইছুগী মতৌ তমদুনা ইবনি। লাটিন কবিনা তৌরম্বগুম্না মধুসূদন দত্তনা হূপীগী শক্তমদা চিঠি ইবসিদা গীতি কবিতাগী হৌনবী নিংখিজবা অমসুং মেঙলবা মতৌবু ম্রুং ফানা ফোঙদোকই। চিঠিশিং অসিদগী মফম অমসুং মতমদা অহূপ য়াম্না লায়গ্রবা কবি অনী অসিগী মপুক্লিংগী পামজবা ৱাথল কয়ামুক মাম্নখিবগে হায়বা নিংখিনা থজবা ঙম্মী।

লাইশিংগী গুরু বৃহস্পতিগী মুপী তারানা ( থরাম্বিচাক ) মপুরোইবগী মনাক্তা মতম থরা শিন্না ওইহনা লৈরবা লোমগী ( থাজ ) মক্মদা ইবা চিঠিনা অনীশুবা চিঠিনি। মশক মতৌ কঙরবা অমস্তং মপুক-মপাউ করবা শিন্না অসিবু তারানা তুংশিনম্মী অমস্তং শিন্না অসিনা লাইবিক-লাইরু তন্বা লোইরহনা মযুমদা হল্লমদাই মতমসিদা তারানা ইকাইনিংঙাই ওইরবা মপুন্নিংগী অপাদত্বু ফোঙদোক্ত্না ইবা চিঠিনি। মখোয় অনী কম্দোনা তুংশিনরকপগে হায়বা হৌগ্রবা রাবু নীংশিংহন্দুনা অমস্তং সোয়া গুরুগী নংনা পাল্লিবা অমস্তং লৈত-লাইরগী ইমুং অদুদা লৈরিঙৌদো মহাক্না কয়াদা থরায় য়াওনা মাগী তুংঙাইনবা হোৎনখিবা পুন্নমক্ত পল্লহনা তারানা য়ান্না তুংশিনা অস্না ইরি।

'ঙাকপীয়ু ঐবু, মরুপলোই। অযোকপা ঊচেক্তো থাদোক্লবস্থ পোন্দগী চঙজনিংই পোন্দা অমুক হন্না। হল্লকথো-ও, খিন্দনা হল্লকথো-ও। শেমগনি ঐনা তুংঙাইরবা কুঞ্জবন, হা স্বর্গগী চেক্লাও, পুবিরবদি ঐবু নঙনা। লাক্লো, শন্দোক্লরো নঙগী তুঙশিবগী শাকুং অনী, ওইরেদো ঐদি প্রেম্না ঙাওরবী। ইঙ্গগে নতুং নঙনা চৎপ চৎপদা, ইঙ্গগে থোদো নহাক্লা পাঙবা, কৎচগে থরায় হকচাং নঙগী নখোঙ থম্বান্দা।'

দত্তনা 'বীররসাত্মক' কবিতা ইবদা থুৎ হেক থারকপম্সি মথৌনা লৈনা অমস্তং হৈশিংবগা লোয়ননা হৌরকপনি। মরম অসিনা মহাক্কী অহানবা কাব্য "তিলোত্তমা সম্ভব" ইবা মতমদগী হৌনা গীতি কবিতাগী অকনবা ঈহৌ অমা মাগী পুন্নিংদা হৌরম্মী হায়বসিদা করিস্থ ওন্নিংঙাই লৈতে। বৈষ্ণবকী ইমুংদা পোকপদগী বৈষ্ণব পদাবলী ঈশৈ থঙঙ্বা অদুদা নত্তনা মহাক্কী মরৈবাক মচাশিং, (১) থোইদোক-হেন্দোক্লা মাগা মমিং মান্নবা মধুস্থদন কানগী বৈষ্ণব 'ঢপ' কীর্তন ঈশৈশিং হৈনজরুবদগী থায়নবগী হৌনা চৎনরক্লবা অমস্তং মতমতুদা কাংখথাঙ তান্নবা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী বৈষ্ণব পদাবলী ঈশৈ মধুস্থদন দত্তনা য়াম্না পামজরম্মী। কানগী ঈশৈশিং বৈষ্ণব পদাবলী ঈশৈদা তাংলম্মী অমস্তং শক্লিবা শৈশক্লা থুনক্কী ঈশৈগী স্থরবু লৌরম্মী, মরম অসিনা মাগী ঈশৈশিং থ্রাইনা পাম্নরম্মী। মধুস্থদন কান অমস্তং থায়নগী বৈষ্ণব কবিশিংনা তৌরম্বা থোদো ইন্দুনা মধুস্থদন দত্তস্থ রাধাগী মরমদা ইবা গীতিকবিতাগী অরোইবা পদদা মাগী মমিং ভনিতাগী মওংদা হাপ্রম্মী। মধুস্থদন কাননা মাগী ভনিতা 'স্থদন' কৌহনা অমস্তং মধুস্থদন দত্তনা 'মধু' কৌহনা হাপ্রম্মী। দত্তনা শাল ১৮৫৯ দা

---

(১) মধুস্থদন দত্ত অনীমক যশোহর কৌবা মন্নার বাংলাগী অকুৎপা লমদমদা লৈবা জিলাদা লৈরম্মী। কাননা দত্তদগী চহী থন্না হল্লম্মী

ইথিবা হায়রিবা অত্তেনবা গীতি কবিতাশিং য়াম্না কুইনা ছাপা থানাদা শন্দুনা লৈরবদগী সাল ১৮৬১ দা 'মেঘনাদ বধ কাব্য" গী খণ্ড অনী কাম্ন কান্নলা ফোঙথিবগী চৈমক্তা 'ব্রজাঙ্গনা' ( শনশেনবী লুপী ) হায়না মমিং থোন্দুনা ফোঙলম্মী। থেক্না ফোঙবসিগী মরমদি মাগী ইকাইথিবা (?) মরুপশিং থরনা ফোঙদনবা হায়বদগীনি।

কাব্যসিদা গীতি কবিতা তন্নানিপান য়াওই অমসুং মথোয়শিং অসিদা রাধানা কৃষ্ণবু ফংনিংবগী ভাব কয়ামরুম ঋতুগী ওন্নিবা মতৌ মওংগা চানহন্দুনা ফোঙদোকই। রাধাগী প্রেমগী সাধনানা মহে য়ানথিবগী রাবু থোম্বাং য়ৈহন্দুনা অনীশুবা গীতি কবিতা পন্নেং অমগী কাব্য অমগা ইগে হায়না কবিনা নীংলম্মী, তৌইশুরসুং মহে য়াল্লমদে, তৌবগীদি "ব্রজাঙ্গনা কাব্য" মীয়াম্না হরাও হরাওনা পানখিরম্মী।

"ব্রজাঙ্গনা কাব্য" সিনা দত্তগী শৈরেং ইবগী হৈশিংবা ফত্তনা তাকই। বাংলা ছন্দগী মথন-মথেন কয়াগী তাল লয় কাব্যসিদা ইহান হান্না শিজিন্নে। ছন্দ মান্নদবা অমসুং পদগী অত্তেন-অশাং মান্নদবা পংক্তিশিংগী শ্লোকা পথ্থৈ অমমম শেম্বসিমক মরু ওইবা অনৌবা কবিতা খুৎইনি। লোন ইচম চম্মী, নাল্লি অমসুং শৈরাংবগী থোম্বোক চেল্লি। থোম্বোক্কী অনেম-অন্নাংদা অমসুং রাহৈশিং অমগা অমগা মান্নবদা ভারতচন্দ্রগী ঊশৈশিংগা মান্নে অমসুং রাধানা যাম্না থাজনা লোইনজবী ( রাধানা মপুন্নিংগী রা পুন্নমক তিংনা তেংথোকচবী ) সখীগী চরিত্র চিত্রণগী মওং উ বদা মপুং ওইনা কানগী মফমদা অমসুং থরা হম্বনা জয়দেবগী মফমদা দত্তগী লমন তোল্লি হায়বসি উবা ফংই। দত্তগী গীতি কবিতাশিংদা অবিবা বৈষ্ণব পদাবলীশিংদা য়াওবা ভক্তি রস অতুগুম্বা য়াওদ্রবসু মাগী কবিতাশিং তরাতরেৎ অমসুং তরানিপানগুবা শতাব্দীশিংদা পাকতরুনা পুথোক-থিবা কীর্তন ঊশৈশিংগী শমজিনবা মানবা অমসুং যম্রনা শাবদোনা তৌবতুদি নত্তে। দত্ত বৈষ্ণব ধর্মবু নল্লগা বৈষ্ণব ভাবপু কা হেন্না লুনা তৌবা মী নত্তে অতুগা কৈম্ নত্তবা ইচম চম্বা ভাব রস অমবু হেক্তা লৌশিনগনবা মীস্ নত্তে। তৌইশুরসুং থায়নদগী চৎনররুবা বাংলা গীতি কবিতাশিংগী ফজরবা সাহিত্য অমসুং শিল্প। মূলভাব অতুবু কবি অমা ওইনা মহাক্না থৌওইদবা ওন্নমদে। দত্তগী য়াম্না চান্নরবা মরুপ অমসুং মাগী কাব্যবু কুপ্পা য়েংশিল্লিবা সমালোচক রাজনারায়ন বসুনা নীতিগী রাদা কা হেন্না থাজমনথিবদগী রাধা কৃষ্ণগী লমচৎ নাইত্রবা লোম্না লৈনবা অপাম-চুংশিগী মরীবু শৈথাই হায়বগীদমক গীতি কাব্যসিবু য়াম্না হম্বনা লৌরম্মী। দত্তনা মসিগী চপচাবা পাউথুম অম্মা পীরম্মী: 'কবিতা পাবা মতমদা ধর্ম সংস্কারগী রাথল পুন্নমক থাদোক্কদোবনি। সিগী মথক্তা শ্রীমতী রাধা অতুক হাক্না লমচৎ ফজদবী লুপী নত্তে। কবিগুম্বা মাগী চরিত্র চিত্রনগীদমক ঐগুম্বা তোল্লবা চান্নন কবি অমা হৌবদগী হৌনা

লৈবরা থোরক্লবদি মহাক পুনস্তোন তোঙাল্লবী চরিত্র অমা ওইহনগদনি হায়রবদি শোইরবা য়ানি।'

মহাক্না ইটালীগী টরজা রিমা ( *Terza rima* ) ছন্দগী অহুম অহুম মায়হল্লুনা ইরবা থুংইগী গীতি কবিতাগী তাক্কক মতেক অনীথক মখাদা পীরি।

অমুপ য়াম্বা লৈরাং কবিগী হেক্তি চান্নবী য়েন্দাই থন্না? নোংগী লৈচিন্না কুপ্পবা অহিংনা খোনবরা থরাম্মিচাক্কী পরেং? কবিবু কায়ে শোক্কবগী শনশেনবী ঐমা নৌবিবী লৈরাং? লৈতেংলরোই অমুক ব্রজ হুপী ঐদি লৈরাং পরেং। কবিগী হেক্‌রি নঙনা উরীগী লৈতেং, উমংগী নিংথিবী? চান্নজবনি মাদি থোইমুগা অত্থম কৌজদে কনা লাইবকথিবী য়াথাগা।

"ব্রজাঙ্গনা কাব্য" হেক ফোঙলকপগা মীয়ামনা পান্নথিরম্মী। মধুসূদন দত্তগী ছন্দ মান্নবা থমদ্রবা অমসুং বীররসাত্মক কাব্যবু য়ানিংথিদবা থায়নগী অরিবা কবিতা থুংইদা চুশিনপ্রবা মীওইশিং ফাওবা থগু কবিতাশিং অসিগী ফজবা মতোবু থওইদবা ওন্নমদে। হৌজিক্তি দত্তগী হোৎনজমন মপুং ফানা মহৈ য়াল্লে।

মহাক্কী ইরোই লোইবা কবিতাগী লাইরিক্তি মহাক্না ফ্রান্সকী ভের্সাই শহরদা লৈরিঙৈদা সাল ১৮৬৫ দা ইথিবা সোনেট থুংইগী ( চতুর্দশপদী ) অমসুং মথং চহীদা ফোঙদোকথিবা কবিতা চাম অনী য়াওবা 'চতুর্দশপদী কবিতাবলী' হায়না কৌবা লাইরিক অহুনি। মসিগী চতুর্দশপদী কবিতাসি ইগে হায়না ইহান হান্না থনথিবসি "মেঘনাদ বধ কাব্য"গী অহুমশুবা স্বর্গ ইরিঙৈ মতাংদনি। (১) সিগী মতুং মশা মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈ চহী মঙা য়ৌত্রিফাও অসিগুম্বা ধরনগী কবিতা ইবা ওমথিত্রবস্থ মসিগী ধরনগী কবিতাগী মতিক-মঙম মহাক থঙদবা নৎলমদে হায়বসি মহাক্না রাজনারায়ণদা ইরবা চিঠি অমদগী থঙবা ঙম্মী। মহাক্না অসুম্না ইরম্মী: 'কবিস্ত থঙদ্রবা ঐগী রাথলদা কবিগুম্বা প্রতিভা লৈবা লেথকশিংনা থরায় য়াওনা হোৎনরবদি ঐখোয়গী সোনেট কবিতাশিং ইটালীগীগা চাংদমবদা কবিমতা হন্থরোই হায়না নীংই।'

সাহিত্যগী পোথোক অমা ওইনা য়েংলবদি দত্তগী সোনেট কবিতা মহাক্না ইথিবশিংগী মফংদা থ্‌ইদগী চঙথোনবনি হায়বা য়াই। অনৌবা পুথোকলক্লিবা গীতি কবিতাগী থুংইসি চপচানা মহৈ য়াল্লম্মী অমসুং কবিগী রাহৈ থজিক্তা শিজিন্নবগী

(১) কবিতাসি ( বাংলাগী ) সোনেট অহুম হায়বশিগী অহানবগী মচাক্তি। মসি ইন্নে হায়বসি কবিনা রাজনারায়ণদা থঙহল্লম্মী

হৈনবীসিনা সোনেটকী তুম্লাক তাশিন্দুনা শাগৎলকপা মপাগৎ অসিগা য়াম্না চুশিন্নরমী। মপাদা য়াওরিবা ইতৈলোমদা হেন্না রোয়রিনবগী খোঙথাংদা কবিতাশিংগী খুৎইশিনা হেন্না খুদোং থোকহল্লি অমসুং কবিগী হায়নিংবা পুন্নমক মপুংফানা ফোঙদোকচনবগী তাক্লাক কৎহল্লি। লাম্নবা মীরৈবাক্কী নীংবা কায়না লেল্লিরৈগী রোরবা পুন্সি মতাংদা কবিগী পুক্নিংদা ফাওখিবা য়ুম্ন থুংশিরকপগী রাথল কবিতাশিং থরম্না পুন্নো নৌহল্লুনা ফজনা ফোঙদোকই। অতোপ্পা কবিতাশিং থরদনা দত্তনা পামজবা হোৎনবা অমসুং হৌজিক হিংলিবা মীরৈবাক অমসুং মরৈবাক মচা কবিশিং (১) অমসুং মহাক্না হৌখিন্নবা মহাক্না মথক্তায় তাজবা কবিশিংগী মফমদা মহাক্না অভিনন্দন কৎলি। সংস্কৃত অমসুং বাংলাগী পুরাণ অমসুং সাহিত্যগী ঘটনাশিং অমসুং চরিত্রশিংদা তাংদুনা মহাক থক ইখিদে।

মথাগীসি দত্তগী সোনেট খুৎইগী থোইদোকপা নমুনা অমা ওইনা লৌবা য়াই।

'হে মতম, ই-রত্না ঐনা, ঐগী ইমিং, অরেম্বদা নঙগী তোর্বান নৈঙোইদা? হোৎনখিদরা হন্না হন্না মুথৎনবা ঐগী অসিগুম্বা ইমিং রাং চাউনা হৌরক্লিবা কোম্নোল কারবা ইথক ইপোমশিংনা তৌগে মতাগুম তুক্কচবগা লোইননা? নত্রগা ইশ্রবরনে মসিবু অফবা পুংফমদা মিংচৎকী চীংদোন্দা হক্তনা রাহৈশিং মতিক-মরাই কল্লবা যত্ননা ওমদনবা মুথৎপা কাউজনথিবগী কএবা ইচেম্না নত্রগা থুমজিনবা ওমদনবা অমোৎ-অকায় কয়ানা? ওাইরি মখোয় কংলবা তুরেলগী খোঙহুংদা ঋতুগী ইরাং, মূর্তি নৈত্রবা লাইগী লাইশঙ অমদা, লৈবনি ঈশ্বরদি উঙমদনা; উৎ ফাওবা হোবনি মৈ হুক্কিলবদি অচাকপা মৈফমদা। মতৌ অসুম তুকথরকই তাইবং হকচাং মতমগী লাঙংদো, অতুবু লৈহৌই থরায়দি মিংচৎকী পোথাশঙদা লেঙদনা, মিংচৎ থিবনা নরক্তা, ফজবনা স্বর্গদা।'

বঙ্গদা থাবা চিঠি অমদা মহাক্না হায়খিবগুম্না মাইকেল মধুসূদন দত্ত সাহিত্যগী লমদা মথৌনা ফবা বিদ্রোহী অমনি অমসুং মহাক্না শাঙথোক্লবা থৌদৌশিং পুন্নমক্না বাংলা সাহিত্য জগত্তা বিপ্লব অমা থোকহল্লমী। থান্নগী অরিবা চৎনবীশিং অমসুং শাস্ত্রগী রাতা ওাকপগী স্বর হোনফম থঙদবমথৈ ফুল্লবা শাজৎশিং নীংনবা হায়বসিনা মতমতুংগী অকনবা লালহৌ ওইরমী। মসিগী লালহৌ অসিনা দত্তগী সৃজনশীল শক্তিদা হৈনীংবমা পোকহল্লমী। অসুম্না পোকখিবা হৈনীংবসিদগী দত্ত মতোমতা মরমাই

---

১ পিত্রার্ক (কৌবা ইটালীগী কবিদা কখোকচবা), কাশিরাম, কৃত্তিবাস, জয়দেব, কালিদাস, ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্ত, দান্তে, টেনিসন, হুগো, অমসুং বাল্মীকি

ওইনা মতমদুগী কবিতাগানি হায়না চৎনবগী অর্থ য়াওরবা হজিন হজিনা অমসুং কায়দবদা থেক-খোয়রবা অশাংবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং হাপ্তুনা ইমগী খুৎইবু তোকহনবগী-দমক চোংথোকখিরম্মী। মহাক্না মুক্ত ছন্দদা অনৌবা কবিতা ইবা হৌখিবসি মশাগী প্রতিভা লৈজবগা লোইন-লোইননা ভারতচন্দ্রনা ইবা খুৎইদুবু য়ানিংখিদবদগীনি। মহাক ভারতচন্দ্রবু খোইদোক হেন্দোক্না প্রতিভা লৈরবা মীশক অমনি হায়না ইকাই খুম্নরম্মী তৌইগুবসুং য়াম্না নেম্লবা কবিতা খুৎই পুথোকপা মীনি হায়না হন্না থম্লম্মী। অমিত্রাক্ষর ছন্দনা অনৌবা মথলগী কবিতা ইবদা অমসুং কল্পনা তৌহনা ফোঙদোকপদা য়াম্না লায়না থোকহল্লম্মী। অনৌবা কবিতা খুৎইসিগী অহানবা খুৎমাবা কবি শাফুকনবা, ইচংথোবা অমসুং মহৈগী করিস্ন নাচুংদবা মীশক অমা ওইরম্মী অমসুং মতিক-মগুন চাউবা অমসুং মহৈগীদমক নাচুংদবা থোদোশিংনা মগোন্দা হৈনিংবা পোকহল্লি। মরম অসিদগীনি দত্তনা মাগী 'বীররসাত্মক' কবিতাশিংগী নায়ক্কী চরিত্রস্ত অসিগুম্বা মীশক ঙাক্না থনখ্রিবা অদুগা ওইননবা শেমগৎখ্রিবা অমসুং য়াম্না ইচং থোরবা অমসুং মপাঙ্গল চাউরবা রাবনগী মমাঙদা মহাক্কী রাম তৌফম থঙম্রবা চিংনগল্লবা মীশক অমা ওইখ্রিবা।

দত্তগী কবিতাশিং মশানা অচাবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং শেমজৈ অমসুং কাব্যগী লোনগা চানবা পদশিং পুথোকচৈ। মুক্ত ছন্দ খুৎইদা ৱাহৈগী মাত্রা মাপহন্নবগা অমসুং অয়োইবা ছন্দ তিন্নহন্নবগী অপনবা লৈরিবশিং কোকহন্দুনা যতিগী অকন্নবা মফম লৈহন্দনা পংক্তিগী শরুকশিং শেম্না ম ৃ ওই। বীররসাত্মক কাব্যশিংগী রচনারীতিবু লেমহন্নবগী-দমক অভিধানিক ৱাহৈশিং শিজিন্নবা তারম্মী। লোনগী ফোঙদোকপগী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগীদমক লোনগী চৎনবী নিয়ম রীতিনা থিংবা লৈতবা নামধাতুগী অনৌবা পদশিং শেমগৎলম্মী অমসুং মহাক্কী "হেক্টরবধ" ( ১৮৭১ ) কৌবা স্কুল অমসুং কোলেজ-শিংদা তম্নবগী ইথিবা অদুগা তমদি তম্নখিদবা গদ্যগী লাইরিক্তা অসিগুম্বা অশেম্বা পদশিং য়াম্না য়াওই। থায়নগী বাংলা কবিশিংনা শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অমসুং কাব্যালঙ্কারশিং লৌশিনবদা দত্ত করিমতা নাচুংলমদে অদুগা য়ুরোপকী অচৌ অচৌবা কবিশিংগী মতৌ লৌবদস্ন করিস্ন চিংনরমদে। সাহিত্যক নত্তবা ঙাঙনরিবা লোনগী অচাবা ৱাহৈশিং শিজিন্নবদা মহাক করিমতা হঙোইরমদে। অদৈ লোন কয়াবুক হৈবসিগী মথক্তা নত্রগা ময়ামসি হৈবনা ওইবস্ন য়াই, দত্ত মশাগী লোনস্ন চপচানা হৈরম্মী। ভারতকী মহাকাব্য অনীগা রসতা চুপশিল্লবা মহাক্কী কল্পনানি অমসুং অসিগুম্বা রস মহাক্না ইবা অরাংবা থাক্কী কাব্যশিংতদা নত্তনা অচম্বা চিঠিশিংদা অমসুং মহাক্না রায়ী-ৱাতাই শায়রবা ফাওবদা ততনা য়াওরম্মী।

হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায় ( ১৮৩৮-১৯০৩ ) মানবধর্মগা মরী লৈনবা বিষয়গী অমসুং আইন কাননগী গ্রেজুয়েটনি। মহাক্না মাগী য়াম্না চাম্বা ম৯প অমা মশা মতোম্মতা আম্বাঘাট তৌদুনা শিখিবা হাক্তুঙা "চিন্তা তরঙ্গিনী" হায়বা অশাংবা কবিতা অসি ইরম্মী ( ১৮৬১ )। ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্ত অমসুং রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়গী লোন অমসুং কাব্যরীতিগী মওং লৌদুনা কাব্যসি ইরম্মী অমসুং মসি হেক হৌড়লকপগা বিশ্ববিদ্যা-লয়গী পরীক্ষাগীদমক তম্নবা লাইরিক ওইনা লৌশিনখিবদগী মহাক নৌনা ফাওগৎলক্লিবা কবিনি হায়না মমিং চৎখিরম্মী। মাগী মথংগী কাব্য 'বীরবাহু কাব্য" ( মপাঙ্গল চাউবা অথৌবা—১৮৬৪ ) দা থিদিরপুরদা মাগা য়ুমলোম্নবা রঙ্গলালগী প্রভাব য়াম্না ময়েক শেংনা উবা ফংই। মসিগী রারী কল্পনা তৌদুনা ইবনি অমসুং কাব্যসিদা কবিনা থায়না মমাংঙৈগী মরৈবাক নীংবা হিন্দুশিংনা কয়ামুক মথৌনা ফরঙ্গগে হায়বদু শীংখাদুনা ইরি। কাব্যসি৷৷ মতুংদা বন্দোপাধ্যায অতেন অতেনবা কবিতাশিং কয়ামরুম ইরম্মী, মখোয়দুগী মরক্তা থরদি ইংরেজীদগী অনুবাদ তৌবনি অমসুং লৌথোক্লুনা ইবনি। মহাক্না সেক্সপীয়ারগী "টেমপেষ্ট" ( ১৮৬৮ ) অমসুং "রোমিয়ো জুলিয়েট" ( ১৮৯৫ ) অনীসিদগী লৌথোক্লুনা রঙ্গমঞ্চদা শাম্নবগীদমক নাটক অনী ইরম্মী। মহাক্কী অতেনবা কবিতাশিংগী মরক্তগী মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পাম্নখিবসি "ভারত সঙ্গীত" ( ১৮৭০ ) হায়বসিনি। হেক হৌড়লকপদগী হৌনা মসিবু লাইরিক-লাইস্থ হৈরবা বাঙালী নহারোনশিংনা "জাতীয় সঙ্গীত" ওইনা লৌনরম্মী। মতমদুদা ভারতবর্ষনা মীথা পোনবা লৈবাক অমা ওইবগী যাম্না তোম্বনা লৈরিবা ফিভম্ মখোয়না যুম্না খঙলম্মী অমসুং মসিগীদমক মখোয মশানা মশাবু সমালোচনা তৌজরম্মী। অসিগুম্বা থখোয়দা অকনবা ঈহৌ পোকহনবা ওম্বা কবিতাসিগী প্রভাব বাংলাগী সাহিত্যগী জগক্তা চহী তরা তরানা থুজিং ওইবা চহী কয়ামরুম চঙদুনা লৈথিরম্মী। মসিনা ইংরেজশিংবু য়ানীংদবগী ময়েক শেংফাত্তবা মীয়ামগী বাখলবু ময়েক শেংহনবদা যাম্না মতেং পাংলম্মী। কবিতাসিগী মশাদা ইংরেজশিংবু অপাম্নবা পল্লমগ্রবস্ম অনুবাদ তৌদুনা ইরিবা অদুদগী মখোয়বুনি হায়বসি তশেংনা তাক্লম্মী। মসিগী কবিতাসি মা। খোমজিনবা কবিতাশিংগী লাইরিক "কবিতাবলী" ( ১৮৭০ ) দা য়াওরম্মী, তৌইগুম্বসুং মসিগী মথং সংস্করণদদি ( ১৮৭১ ) কবিতাসি লৌথোকপা তারম্মী, মরমদি মতমদুদা মহাক কলকাতা হাই কোর্টতা সরকারগী মকোকচিংবা উকিলগী ওইরম্মী।

"মেঘনাদ বধ"গী টিকাগা কোম্বরবা অনীশুবা সংস্করণদা ( ১৮৬৩ ) হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না য়াম্না ফুপ্পা সমালোচনা তৌদুনা অমসুং থাগত্তুনা ইবা রাহৌদোক

অমা য়াওরম্মী। মসিদু কবিনা অশেংবা বি, এ, অমগী কলমদগী ভেহৱকপনি হায়না শীংথারম্মী। তৌইশুবসুং মধুসূদন দত্তগী খুৎইগী প্রভাব বন্দোপাধ্যায়দা চঙবা ওৎমদে। মহাক্কী খুাইদগী চাউরবা অমসুং খুাইদগী মমিং চৎলবা "বৃত্র সংহার কাব্য" (বৃত্র হাৎপা) কৌবা সর্গ কুনমগাদা ইবা (খণ্ড অনী থোক্না কোতখিবা, ১৮৭৫, ১৮৭৭) কাব্যসিদা ফাওবা মধুসূদন দত্তগী প্রভাবনি হায়না য়াওরিবশিং ভৎগী মপান্থোংগী শঙ্ক থরভনি। বন্দোপাধ্যায় বাংলা ছন্দ শিজিন্নবদা মতিকচানা হৈখিদোবা লেথক অমনি অমসুং ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী খুৎই চপচানা ইনবা মীশক্নি। মতমদুগী কবিশিংগী মরক্তা মধুসূদন দত্তগী মুক্ত খুৎইদা ইবা ঙম্বা পংথাম য়ামদবা কবিশিংগী মরুদা অহাকনা চল্লমীদি হায়বদু মহাক মসিগী খুৎইদি চপচানা খুৎলোইনা ইবা ওৎমদে। মহাক্কী মহাকাব্যগী শরুক থরদা মুক্ত ছন্দদা ইবগুম উরিবশিং অশেংবদি ছন্দ তিন্নদবা পয়ার থিগদী অমসুং চতুষ্পাদীগীনি। দত্তনা থগলিবা লোনগী জ্ঞান অমসুং মচন অদুগা মাগী প্রতিভা অমসুং মতিক-মগুণ বন্দোপাধ্যায়দা য়াওদ্রমদে। "বৃত্রসংহার"গী পটভূমিকা য়ায়া পাকচাউই হায়রসিদা করিমু চিংননিংঙাই লৈতে, অদুগুম্না মসিগী বিষয়গী আদর্শ থায়া য়াংই, মসিদা ইরিবসি দেবতাশিংবু জয় তৌদুনা মখোয়বু মীনাই ওইহন্দুনা অমসুং মখোয়গী সিংহাসন মুন্দুনা লৈরবা বৃত্র কৌবা হিংচাববু দেবতাশিংনা মায়থিবা পীননবগীদমক দধিচী মুনিনা মশামকপু আত্মাদান তৌখিবা পুরাণগী ৱারীদুনি। তৌইশুবসুং ঘটনা শেমগৎপদা মচু তাদে অমসুং ৱারীগী থোঙচৎ খুরো চেপ্নি। অদুমওইনমক মতম থরদি "মেঘনাদ বধ" দগী হেন্না মীয়ায়া মসিবু পায়খিরম্মী। মসিগী মরম পংলু লুবা নত্তে। দত্তগী কবিতাগী খুৎই বিধান ওইবা অমসুং ইরিবা ছন্দশিং চাং মান্নদবা অমসুং মহৌশা থেংনখিদবদগী অপাবশিংনা হৈনদবা অমরোমদা বন্দোপাধ্যায়গী কবিতানা পাবদা হুৎঙাইবা, তনান তনানবা অমসুং হৈনরকপা ছন্দদা ইবা অদুগা কবিতা মশাদা মরৈবাক নীংবগী ঈচেল অমা মসুংদা থুপ্তুনা চেল্লিবদু লাইনা তাকপা প্রজাশিং অমিননি। তৌইশুবসুং শতাব্দী হৌথিবগা লোইন লোইননা হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী "মহাকাব্য" সু অসুম অসুম মরায় চায়থখিরম্মী অমসুং কোলেজগী ভয়নবা লাইব্রিগি হায়বগী পানবতা মঙাইরম্মী। মতমসুদা ৱাখল চঙবা কবিতা ইনথিবগী মরুওইবা মরম অমদি কোলেজদা তম্বা লাইব্রিক ওইননবগীদমকনি।

অশাংবা কবিতা অহুম অমগা বন্দোপাধ্যায়না ইরম্মী, মখোয়সিগী মরুদা "ছায়াময়ী" (১৮৮০) দান্তেগী "লা কোমেদিয়া" কাব্যগী ভাব থরা লৌহুনা ইবনি। মসিদা ছন্দ শেম-শাবগী হৈশিংবা উংদি হায়রবু কাব্য ৱাক্কী শরুক পংযাও য়াওদে।

* অহেনকপু ভাঙন-শক্তসিবা লোন্দাদা ফাগী-কান্নাং তৌদুনা অমসুং করেম-কৌমাইদুনা

ইবা অমসুং নাউত্তম ঊৈশৈ অমসুং থুরুক্কা শক্লবা ঊৈশৈ শৈদাদা ইবা অমসুং মতম মতমগী বিষয়শিংবু থাদুনা ইবা কবিতাশিংদদি বন্দোপাধ্যায় য়াম্না মায় পাক্লম্মী অমসুং অসিগুম্বা কবিতাশিংদা মাগী প্রতিভা ময়েক শেংনা উবা ফংই। মতাংসিদা মহাক ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী লমন তোল্লে হাযবসি ফজনা থত্তবা ঙম্মী।

মহাকাব্য লেংবশিংগী অহুমশুবা পনবা য়াবা কবিদি নবীনচন্দ্র সেন্নি (১৮৪৬-১৯০৯)। মহাক চট্টগ্রামদগী হৌরকপা সাহিত্য বিভাগকী গ্রেজুয়েটনি অমসুং সরকারগী কর্মচারী ওইবম্মী। নবীনচন্দ্র সেন অচৌবা কবি অমনি অমসুং কাব্য ইবদা হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী ভমথং কবিনি হায়না থাজনবা কুমচৎ মতম অমা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতুং হেক থংনবা মীরোন্নদি মহাক্না ইবা সাহিত্যগী লাইবিকশিংগী মশীংনা মাগী মমাংগী কবিশিং দত্ত অমসুং বন্দোপাধ্যায় অনীনা ইরম্বশিংদগী হেল্লবস্ত হেমচন্দ্রবু চুম্নগী কবি অমনি হায়নতা লৌনরম্মী। সেনগী অহানবা ইবা কবিতাগী লাইরিক সাল ১৮৭১ দা ফোঙলম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাকপু কবি অমনি হায়না মমিং চৎহন-খিবদি বায়রোনগী থৃৎই লৌদুনা অমসুং স্পেনসরগী স্তবক শেম্বগী রীতি ইন্দুনা সর্গ মঙাগী মহাক্কী "পলাশীর যুদ্ধ" (১৮৭৫) হাযবা কাব্যচুনি। মথংদা ইথিবা কাব্যনা ক্লোটকী থৎইদা ইবা রোমান্টিক রারীগী কাব্য "রঙ্গমতী" (১৮৮০) হায়বসিনি। মাগী থ্াইদগী হেন্না শীংথানবা য়াবা লাইরিক্কি মহাভারত্তা তৌবগুম্না কৃষ্ণগী রারীবু লাইরিক অহুমদা মথং মথং মরী লৈনহন্দুনা অমসুং তোঙান তোঙানবা লাইরিক অহুম থোক্লা পুথোকখিবচুনি, মথোয়চুদি, "রৈবতক" (১৮৮৬), "কুরুক্ষেত্র" (১৮৯৩) অমসুং "প্রভাস" (১৮৯৬) হায়বসিনি। পৌরাণিক রারীগী মওং লাক্নুনা অমসুং ধর্ম অমসুং নীতিবু তাক্নুনা ইবা রোমান্টিক রারীসিদা পাণ্ডবশিংগী লুচিংবা কৃষ্ণবু লানগী ময়াই কারবা আর্যশিং অমসুং অনার্যশিং কাঙলুপ অনীবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নহনখিবা শক্লাইবা মীশক অমা ওইহল্লি। মসিদা য়াওরিবা (হায়বদি মহাভারত নৈনবদা) কৃষ্ণ তত্বগী মরমদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মতশিংগী প্রভাব নবীনচন্দ্র সেনদা ফজনা চঙলম্মী।

কাব্য অহুম পুনবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা অশোয়বশিং ইরাই লাইনা থঙবা ঙম্মী। ইরিবা বিষয়শিংগা চানবা, য়াওফম থোকপা পাক-চাউরবা কবি কল্পনা কবিদা য়াওদে অমসুং কবিগী প্রেরনাগী পাঙ্গল য়াম্না বাৎলি। সিগী মথক্তা মতিকচাবা লোনগী মচাক মঙোন্দা লৈরমদে। রোমান্টিক কল্পনাগী থংঙান হেক ঙাম্মোকহন্দুনা ফোঙদোক-হনবগী শরুক য়াম্না তাঙনা থেংনৈ অমসুং চরিত্র-চিত্রন চানমকী মানবা ইয়াও য়াওদে। ইয়াং য়াংবা অমসুং পুক্লিং হুংঙাইত্তবা রাথল ফোঙদোকপগী রানা শিকথনবদগী কাব্যগী

ঐতিহাসিক পরিবেশ অরোবা হেক হেক তাহল্লি। মপুং ওইনা য়েংবদা কাব্য অহুমগী লাইরিকশি কবি কল্পনাগী অশোয়বা কয়ামক্রম য়াওই। সিগী মতুংদা ইরকপা সেনগী লাইরিকশিং শীংথানিংঙাই থোইদোকপা যাওদে অতুমকপু গন্থ অমসুং শক্তদা পূন্না ইবা অনৌবা থুংই মথলগী রোমান্টিক বারী "ভানুমতি" (১৯০০) হায়বসিমদি পনবা মগ্নাই। হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী ইতোন তোনবা মনাউহুপা ঈশানচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না ( ১৮৬৩–১৮৯৭ ) ইবা "যোগেশ" ( ১৮৮১ ) মরৈবাক হুংশিবগী বা অমত্তা য়াওদবা মশাগী পুন্সিদা থোকপা বারীনা মপুং ওইবা রোমান্টিক কাব্যনি। মহাক্কী তেন্না তেন্না ইবা কাব্য লাইরিক অহুম অমগা নৈরন্মী ( ১৮৭৮, ১৮৮০, ১৮৮৭ ), মথোয়সিগী মরক্তা থরম্বি ময়াম্বা বন্দোপাধ্যায় অমসুং নবীনচন্দ্র সেনগী প্রভাব ফজনা চঙই। যোগেশকী বাবী অথাক-অতম লৈতনা কথোকচবা হুংশিবগী বারীনি অমসুং নায়কী চরিত্র লেখক মশামকী মরম্মাই ওইবা শ ক থরা চঙই। কাব্যসিদা কাব্য বলাগী মগুণ পংয়াও য়াওরবসু পুকচেল শেংবগী মগুণ য়াওই; অসিগুমসি লাইরিক থরক্তদা মথংই।

মিত্রাক্ষরদা ইবা রোমান্টিক কাব্যশিংগী মনুংদা অক্ষয়চন্দ্র চৌধুরীগী (১৮৫০–১৮৯৮) "উদাসিনী" ( নাইতোম তারবী হুপীমচা ১৮৭৪ ) পনবদা মতিক চাই। মসিগী বারী পার্ণেলগী "দি হার্মিট" কাব্যদগী শরুক থরা লৌথোক্লগা ইবনি। "দি হার্মিট" বিশ্ববিত্তালয়গী তম্নবা লাইরিক ওইরম্বদগী মসিবু য়াম্না শানবম্মী অমসুং কবিতাদা অনুবাদ তৌনরম্মী। "দি হার্মিট" ইহান হান্না অনুবাদ তৌথিবসি রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়নি ( ১৮৫৮ )। চৌধুরীগী লোন নাল্লি অমসুং ঈশৈগী শৈরোল মাল্লি।

## ১৭ শুবা পন্দুপ

# গঙ্গদা ইবা উপন্যাস অমস্তুং বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

পঙ্গদা তৌবগুমা গঙ্গদস্থ রোমান্সনা মুক্দম ওইহনা ইনিংবগী ঊহৌ অমা ইহান হান্না পোকহনথিবনি টোডকী "রাজস্থান" অমস্তুং অনিগুম্বা মথলগী লাইরিকশিং অনিননি। বাঙালী লেখক অমনা ইহান হান্না ইবা ঐতিহাসিক ৱারী ইংরেজীদা ইরম্মী। মনি ইংরেজী শিক্ষা হৌদোকপদা লুচিংখিবা কলকতাগী ইমুং অমদা পোকপা শশীচন্দ্র দত্তনা ইবা *The Tales of Yore* ( ? ১৮৪৮ ) হায়বদুনি। হিন্দু কোলেজগী মশক নাইবা ছাত্র ওইরম্বা ভূদেব মুখোপাধ্যায ( ১৮২৫-৯৪ ) বাংলাদা ঐতিহাসিক উপন্যাস অহানবা ইখিবা লেখকশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক্কী "ঐতিহাসিক উপন্যাস" (১৮৩২) হায়বা লাইরিকসিদা উপন্যাস অমগা উপন্যাস মচা অমগা য়াওই। অনীমকসিগী বিষয়বস্তু এল, ঐচ, কোনটর॥ *Romance of History* কৌবা লাইরিক্তুদগী লৌখোকপনি। অনীশুবা ৱারী "অঙ্গুরীয় বিনিময়" ( খুদোপ শিন্নবা ) হায়বসিনা কোনটর' *Maratta Chief* হায়বা ৱারীতুদগী থরা ফজনা শেমগত্তুনা ইবনি। ৱারীসিদা ঔরঙ্গজেবকী লান্মীবু শিবাজীনা মাষখিবা পীথিবগী অমস্তুং মহাক্কা মোগল নিংথৌরেনগা মশক-মতৌ ফজরবী মচানুপী লানকা ওইহনা মাগী মথুৎচন্নবী অদুগা অহানবা হুংশিনরকপগী ৱারী ইরি। ৱারী য়াম্না ফজে অমস্তুং ঐতিহাসিক ভূমিকাশিং লেঙদনা থ-ী। ভূদেব মুখোপাধ্যায়গী ৱারীসিনা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী ইহান হানবা বাংলা উপন্যাস "দুর্গেশনন্দিনী" গী মরুওইবা মচাক ত্তমা পীরম্মী। মুখোপাধ্যায়গী থৌইগী রীতি য়াম্না হকচিনথিবদগী যাম্না থাগৎনফম থোকপা মাগী ঐতিহাসিক ৱারীসি থাগৎনখিদে।

চপচাবা বাংলা উপন্যাস হায়বসি বাঙালীশিংগী পুন্সি অমস্তুং শাজৎ নৈনহনা ইবা উপন্যাস থৌই হৌদোকখিবসি প্যারীচাঁদ মিত্রনি ( ১৮১৪-৮৩ )। মহাক্কী ছদ্মনাম 'টেকচাঁদ ঠাকুর' হায়বদি ( কোক্তাংবা ঈশ্বর ভক্ত ) হায়না কৌই। মহাক্না বাংলাদা ইরম্বা পূম্না উপন্যাসকী লাইরিক তরুক্নি, ইরিবা বিষয়শিংনা ফত্তবা মীওইশিংগী লমচৎ অমস্তুং সমাজগী শক্তম তাকপা, নীতি তাকপা আধ্যাত্মিক রা য়াওবা ৱারী মক্তনি। উপন্যাসশিং অসি মরুওইনা তুপীশিংনা শাননবগীদমক ইরম্মী।(১) মিত্র হিন্দু

---

(১) খৃষ্টান লেখকশিং প্রমান ওইনা হায়ব' তায়বদা শ্রীমতী মুলেন্সনা অনুবাদ

কোলেজগী ছাত্র ওইরম্মী। ইংরেজী তম্‌ত্রিনৈগী মমাংদা মহাক বাংলা লিংথিনা হৈরম্মী। মহাক য়াম্না শিনত্তবা মীশক অমনি অমসুং শিল্লম কয়ামুক নম্লোন-ইত্তিক ক্লাংঙবা পামশিনবা মীশক্নি। পুন্সিগী থেঙথরকপা মতাংদা মিত্র অধ্যাত্মবাদ অমসুং দিব্যজ্ঞানগী মায়কৈরোমদা মপুক্লিং থিংজিল্লম্মী। তৌইওবসুং মহাক্না পুন্সিদা থংঙক-উরকপদগী খঙলকপাশিং সমাজগী মরমদা ইবদা অমসুং অফবা পাউতাক্কী ৱারী ইবদা থম্না মথৈ শিজিন্নরম্মী।

প্যারীচাঁদ মিত্রনা সাহিত্যগী লমদা খুৎ থাবা হৌথিবসি সাল ১৮৫৪ গীনি; মতমতুদা মহাক্না মুপীশিংনা পাননবগীদমক "এক আনার" হায়বা প্রত্রিকা অমা হিমালয় চৌংশাংদা এভন্নেষ্ট চৌংদোম্না থ,াইদগী ইরাং রাংই হায়না পুথোকখিবা রাধানাথ শিকদারগা পূন্না হোৎনমিন্নতুনা পুথোক্লম্মী। পত্রিকাসিগী সম্পাদকশিংগী পুক্নিংদা মতমতুদা লৈরিবা গদ্য সাহিত্যগী রচনা রীতি য়াম্না রাংনা লৈরিবতু মখোযনা ইগে থল্লিবতুনা য়েংবা ঙমগনি হায়বা থাজরমদে; মরম অসিনা মখোয়না মখোয়গী ওইবা রচনারীতি অমা হায়বদি সাহিত্যিক লোনগা অমসুং ঙাঙল শানরিবা লোনগা অনী য়াম্নোক-য়ানশিন তৌতুনা ইবা খুৎই মথল অমা শেমগৎলম্মী।

মিত্রগী অহানবা অমসুং মাগী লাইরিকশিংগী নমুনা অমনি হায়বদা মতিকচারবা "অলালের ঘরে দুলাল" (অচৌবা ইমুংগী নাবাংলবা অঙাং) গী ৱারী মাগী মশা। ইবা ইহান হানবা ৱারীনি; মসি "এক আনার" পত্রিকাদা (মাসিক পত্রিকাদা) সাল ১৮৫৫-৫৭ তা অহানবা ফোঙদোক্লম্মী অদুগা লাইরিক ওইনা সাল ১৮৫৮ দা ফোঙলম্মী। মসিগী ৱারীসিদা অহল ওইরক্রবা হুপা অমগী মচানুপা অহল পৈশাদি পাযবা অদুগা মতিকচানা লাইরিক-লাইশু হৈজদবা অমসুং মরোশিং চাউদবা অমগী পুন্সিগী থৌদোক কয়া লীরি। অঙাংসিবু অপাম্বতা তৌহল্লম্মী, মসিদগী মহাক মতোমতা মাঙজরম্মী। অদুবু মাগী মনাউদি য়াম্না অযবা অঙাং অমা ওইরম্মী অমসুং মহান্না মমৈদা ময়াম্বু কল্লম্মী। দুর্নীতি পাংছেব রুচী হায়বা লেপ্তা ২৫ই তৌইওবসুং উপন্যাসকী হৌনবী য়াওফম থোকপদি য়াওরমদে। অদুবু চরিত্র শেম্বা মতাংঙদি মপুংফাবদা নত্তনা য়াম্না চঙথোক্লি অদুগা য়াওরিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং মচেৎ তাবা থম্না য়াওরবসু হরাউ-তয়াম্বা পুন্সিগী শঙ্গম কয়ানা ৱারীবু তদেক তদেকহল্লি। তরামাপনত্তবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা মতমদা হুগলী তুরেলগী তোর্বান্দা

---

তৌথিবা 'ফুলমনি ও করুনার বিবরণ' গুম্বা নীতি তাকপা অমসুং শিক্ষা পীবা লাইরিকশিং মখোয়শিগী মতুং চন্দে

তাবা শহরশিংদা লৈবা সমাজগী মতংদা ময়ায় ওইনা পাল্লিবা কাওলুপকী মীওইশিংগী মরমদা মচা থায়না মসিগী উপন্যাস অসিদা উৎলিবা অসিগুম্বা অমা মতমতুগী অতোপ্পা লাইরিক অমদা অমুক ফংগদৌবা লৈত্রে। "অলালের ঘরে দুলাল" দা য়াওরিবা মুসলমান মুন্সী ঠক চাচা অমসুং মাগুম্বা অতৈ চরিত্রশিংগী শাজংশিং য়েংলুবদা য়ারী অসি "দিগদর্শনকারক" উপন্যাসনি হায়বা য়াই। ঠক চাচা মরোৌ লৈবা ফজরবা অমা ওইরবসু মী অমদি অতুম মওই। তরাতঙ্কুকগুবা শতাব্দীগী কবিকঙ্কনগী ভাঁডু দত্তগুম্বা ঠক চাচাসু বাংলা সাহিত্যদা কাউবা থাররোইদৌবা ফজরবা মীগী চরিত্র অমা ওইদুনা লৈহৌরগনি।

বাংলা কবিতাগীদমক মাইকেল মধুসূদন দত্তনা তৌরম্বা অবদান অদুমক য়োম্রব সু দত্তনা তৌরম্বগুম্বা বাংলা উপন্যাসকীদমক প্যারীচাঁদনা তৌরম্মী। মিত্রনা মশাগী খুৎইগী রীতি অমা শেমজবম্মী, মাগী খুৎইদা ব্যাকরণগী মতুংইন্না থরা শোস্তক তারবসু অদুগা শিজিন্নরিবা অভিধানিক শব্দশিংগী মচু তাবা থরা রাৎলবসু ফোংদোকপগী মফোংদোক চংথোল্লি, তদেক তদেকই অমসুং চপচাবা মওংদা ফোংদোকই। মিত্রগী রারীশিং ফোংদোকলক্তুৈ মমাংদা (মুখোপাধ্যায়গী রোমান্টিক রারীশিংদি মৌলিক ওইবা খুৎই নত্তে অদুগা কোলেজদা তম্নবা লাইরিক ওইনা ইরম্বা মরম্না থম্নবা অসিদগী কাইখোক্লে) বাংলা উপন্যাস হায়রগা থুংনাক রারীশিং অমসুং সংস্কৃত, ফরাসী, উর্দু অমসুং ইংরেজীদগী লৌথোকপা অবল-অথোগী রোমান্টিক রারীশিংবু থগুনরম্মী। মাগী লাইরিক্কী অহানবা সমালোচকশিংগী মতংদা অমা ওইবা রাজেন্দ্র মিত্রনা হায়রম্বগুম্না বাংলা উপন্যাস পাবশিংবু বস যাওরবা শৈরেংদা অমসুং পাণ্ডিত্য উৎপা গদ্য খুৎইদা ইবা থৌনা ফবগী রারী-শিংবুন পাবগী চোকথবা অদুদগী প্যারীচাঁদনা কোকহল্লম্মী।

মিত্রগী গদ্য খুৎইগী থুপ্পুনা লৈরিবা শক্তি অমসুং মাগী উপন্যাস ইবদা হোৎনরিবা মহোৎনা অসিবু বিদ্যাসাগরগী চাংলেন্নবা রচনারীতিদা চুশিনগ্রবা মতমতুগী লেখক-শিংনা উবা ঙম্মদে। মসিনা কোনশিনবা ঙমথিদবা লেখক অমত্তংদি মহাভারতপু বাংলা গদ্যদা মঙং কায়হন্দনা অনুবাদ তৌরগা থাইদা লেম্না য়েম্বোকখিবা অমসুং বাংলা কাব্যগী লমদা হোৎনবদা মহৈ যানখিবা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী প্রতিভাবু ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা থাইনা অভিনন্দন পীননবগী শিনখিবা কালী প্রসন্ন সিংহ (১৮৪০--৭৬) হায়বসিনি। সিংহনা কলকাতাদা লৈবা মীওইশিং অমসুং মখোয়গী সামাজিক জীবনগী মরমদা করেম-কথাইনদুনা ইরম্মী। (১) মফমদুদা লৈবা নৌনা ইনাক-কৈরাক

(১) মসিগী অইবা মীশকশিংগী নহা ওইরিবা তেংবাংবা 'হরিদাসের গুপ্ত কথা' ইবা ভুবনচন্দ্র মুখোপাধ্যায়নি হায়না থাজবা য়াবা মরম থরা লৈ

খুল্লকপ্রশিংগী শাক্তা মপুক থোংদবা অমসুং নমচৎ নাইদবা শাজৎনি হায়না মহাক্না থাজবা থোক্লোশিংবু মহাক্না কুপ্না য়েংশিন্নখী। শিক্ষিতশিংবা লোয়না ভাক্তন-শক্লশিংবা, মরুওইনা কলকাতাদা চৎনরিবা লোন্দামক্তনি অমসুং খুৎইগী মওংনা ফাগী-ফারাং তৌবা ওইনদি তৌরগা লেমকাক্তবা য়ায়না য়াওই। সিংহগী মফমদা পোকখিবা অসুপ্রেরনা মিত্রগী রাম্নীশিংদগীনি হায়বসি লেঙ্গ্রবা রানি তৌইওবসুং মাগী মমাঙগী মিত্রগী চৈংলেম্বা কল্ল-কলেংনবগী খুৎইগী রীতি অমসুং মহুংগী মচাক্না য়াওরিবা মানবতা অমসুং অভিজ্ঞতাগী মপুং ফারবা জ্ঞান অতুদি মাগী খুৎইদা য়াওরমদে। কালীপ্রসন্ন সিংহগী "হুতোম পঁ্যাচার নকসা" ( ১৮৬২ ) তয়াং তয়াংবা অমসুং নৈবাক মচা তাব্দবা পাম্বা মীওইশিংগী চপচাবা লাইরিক্নি। মসি ইতিহাসকী মফমদা কান্নবা লাইরিক্নি।

সিংহগী ফাগী-ফারাং তৌহ্না ইবা খুৎইগী হোৎনজমন খুদক্তা মহৈ য়াল্লখী। মাগী খুৎইসিগী মতৌ তমহুনা ইবা কোঙ্গায় অমা চোংথোক্লক্লম্মী অমসুং থরনা মহারা মাগী খুৎইদা পান্দুনা ইখিবা মীশকশিংগী মায়কৈরোমদা লেপ্তুনা মঙোল্লোমদা মানা ইবদোনা ইখিরম্মী। তরামাপনওবা শতাব্দীগী চহী হুম্ফুত্তরা চনশিল্লকপগী অওনবা মতমদা রেনোলডগী উপন্যাসশিংদগী লৌথোক্তুনা ইবা লেখকশিং থল্লনা সিংহগী খুৎইগী রীতি লৌহ্না ইরম্মী। "হরিদাসের গুপ্ত কথা" ( হরিদাসকী অরোনবা রারী ১৮৭২ ) কৌবা অসিগুম্বা মথলা খুাইদগী অহানবা লাইরিককসি লাইরিক অতুক হাক্না হৈতবা অমসুং ইনথৎলকপা চহী মতাংগী মীশিংনা অম্নপকী মতিক পায়রম্মী মহুদি অসিগুম্বা ইকাইনিংঙাই ওইবা রা অমসুং মমল য়াওদবা অরোনবা রারীশিংগী লাইরিরা রাই চাইরম্মী। অসিগুম্বা লাইরিকশিং লোইনমক অচোপ-অরেম থিদনা পংই ইবা অমসুং কান্নদবা ওাক্তনি হায়নদি হেক্তা লৌবদি লাল্লি। মথোয়সিগী মরক্তা থরদি ইনথৎলকপা মতাংগী ওইবা রোম্যান্সকী ফজরবা লাইরিক যাওরি। মতাং অসিদা অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিগী মরমদা কাউরোইদোবা রাফম অমনা লাইরিকশিং অসিদা ইরিবা লোন ওাঙন-শক্লম্বিবা লোন্দাদা য়ায়না ইচং থোনা ইরম্মী হায়বসিনি, লাইরিকশিং অসিবু অম্নক যায়না পায়খিবসিগী মরম মসিস্ত অমনি।

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় ( ১৮৩৮-৯৪ ) হুগলী কোলেজদা লাইরিক তম্নম্মী অমসুং ধর্মবু চপম্নুংনা থাজবা ইমুং অমগী মীনি। মাইকেল মধুসূদন দত্তনা বাংলা কাব্যগীদমক তৌরবা অতুওম মহাক্না বাংলা উপন্যাসকীদমক তৌরম্মী, হায়বদি মহাক্না উপন্যাসতা 'কল্পনা' তৌহ্না ইবা হৌদোকখী। চট্টোপাধ্যায় দত্তদগী হেন্না মরাইবক করগী, মরমদি মহাক ইবা হেক হৌরকপদগী হৌনা মশাগী লোন অমমুক শেমগৎনবগী করিস্থ

হোৎনন্নিংঙাই লৈরমদে। মতমতুদা গছ্য রীতিগী চপচাবা মওং হায়না লৈরম্রে, মহাক্না অতুক হোৎনখিবা হায়ববু হঙ্গিন হঙ্গিম ইবদগী তানিংদবা পোকপন্থ লৌখোকপা য়াহে ময়াম পূনশিন্নহুনা শেম্বা য়াহৈগী লৈরোং থাদোকপা অমস্তুং ইবা খুৎইদা হৌনবী নিয়ম ঙাকপগী ভাবতা নত্তনা হকথেংননা খঙহন্নবা ইবা অসিতনি। চট্টোপাধ্যায়গী রচনা রীতিদি মহাক্না ইন্নকপগা লোইন লোইননা অস্থুম অস্থুম শেমগৎচরম্মী।

ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তনা তৌথিবগুম্না চট্টোপাধ্যায়স্থ লৈরেং ইথুনা মাগী সাহিত্য জীবন হৌরম্মী। মরাইবক ফবদগী পছ্যদা ইবা মহাক হৈনরোই হায়বসি মশানা চিঙ্গে খঙজরম্মী। সিগী তুংদা উপন্যাস ইবরোমদা মহাক মমায় ওনশিনখি। মহাক্না ইহান হান্না ইবা হৌথিবসি মনা পীগনি হায়না তান্নবা অমদা য়াওননবা লানখৎখিবা মাগী উপন্যাস মচা অতুনা অহানবনি। মহাক মনাহু ফংখিদে অতুগা উপন্যাস মচাতুস্থ ফোঙদোকখিদে। মহাক্কী অহানবা ছাপা তৌদুনা ফোঙখিবা উপন্যাসতি "রাজ-মোহনগী নুপী" ( মথং মনাও নাইনা ইণ্ডিয়া ফিল্ড কৌবা পত্রিকাদা সাল ১৮৬৪ দা ফোঙখিবা ) অসিনি। মসি ইংরেজীদা ইরম্মী অমস্তুং মনা পীননবগী তান্নখিবা অতুদা মহাক্না লানখৎখিবা উপন্যাস মচাতুদগী অনুবাদ তৌবা মাল্লি। মথং চহীদা মহাক্কী অহানবা বাংলা উপন্যাস "দুর্গেশনন্দিনী" ( জায়গীরদারগী মচাতুপী ১৮৬৫ ) ফোঙলম্মী। মসিগী য়ারী ভূদেব মুখোপাধ্যায়গী "অঙ্গুরীয় বিনিময়" হায়বা য়ারীহুদগী লৌখোক্লগা স্কোটকী "আইভানহো" দগী আদর্শ লৌদুনা ইবনি। বিদ্যাসাগরগী অরাংবা থাক্কী রচনারীতিগী মওংদা ই অমস্তুং মতমতুগী চৎনবী ফাগী-ফারাংগী মওং লৌদুনা কাহেন্না পঙলবা ব্রাহ্মন অমগী চরিত্র শেম্মী। অতুবু য়ারীদি পুম্নো নোবা অমস্তুং পাবদা য়ান্না হুংঙাইবা মথলগী য়ারীনি। লুহোংলবগী তুংদা য়ুম্বান পুক্সিদা খোঙদাম্নিন্নকপদা য়াওরিবা হুংশিনবগী মস্তুংশিতবু খঙবা অপাবশিংগীদমক অতম্না ইবা হুংশি-হুংওনগী য়ারী ওইবনা ঐতিহাসিক মানবা ঘটনানা পটভূমিকা ওইদুনা য়ারীসি ইরিবসি ইফম থোকপনি।

মহাক্কী মথংগী উপন্যাস "কপালকুণ্ডলা" ( ১৮৬৬ ) চট্টোপাধ্যায়গী খ্বাইদগী ফজবা রোমান্সশিংগী মস্তুংদা অমনি। মস্তুংগী মূলভাব কবি অমগী মশাগী ওইবা ভাব-রসনা মপুং ওই অমস্তুং পা৯ পা.রগা পানিংবগী রাগ পোকহল্লি। পুন্নিংগী অকনবা অনুভূতিগা ইরোইনদা নাটক্কী মওং মান্নবস্থ অমস্তুং পরীং অনী লোঙলবস্থ য়ারী মশেম য়ান্না হৈশিংনা শেম্মী। নায়িকাগী মমিং ভবভূতিগী "মালতী মাধব" কী লাইনীংবী নুপীগী মমিং লৌদুনা থোল্লি অদুগা মাগী চরিত্রনা কালিদাসকী শকুন্তলাদগী অমস্তুং সেক্সপীয়ারকী মিরাণ্ডাদগী থন্না থন্না লৌশিন্দুনা শেম্মী। শিজিন্নরিবা লোন য়ারীগী ভাব-রসকা চানৈ।

মথংগী উপন্যাস "মৃণালিনী" দা ( ১৮৬৯ ) চট্টোপাধ্যাযগী খুৎই ইথা থাজদনা শংই ইবা খুৎইগী থাক্তা হন্থরক্নে হায়বসি উবা ফংই। উপন্যাস অসি সুংশি-সুংওনগী লেমফাক্তবা মওংদা অমসুং লৌফম-লাকফম থঙদবা ঐতিহাসিক ঘটনা অমনা মুন্দম ওইহনা ইবা ৱারীনি। মপুং ওইবা চরিত্রশিং মপুং ইফা ফ'দে অমসুং ৱারীসু ইচু চুশিন্দে। পশুপতি অমসুং মনোৱামা অনীগী ৱারী পুল্লপ পুন্না ইশিল্লিবসিগী মহুত্তা তোঙান তোঙানবা ৱারী ওইনা ইৱম্বনা হেন্না ফৱমগদৌবনি। "মৃণালিনী" গী ৱারীসি "কপালকুণ্ডলা" ইত্রিঙৈ মমাংদা শাগৎখিবনি অমসুং ইথিবনি হায়বদা থাজনিংঙাই লৈতে।

মসিগী তুংদা চট্টোপাধ্যায গন্থদা উপন্যাস ইবা ; ঙাক্তনা পেল্লমদে অমসুং কৱিগুম্বা পান্দমফম অমা থমহনা ইবা মীশক "ওইনা চোংথোক্লকখি ; মাগী পান্দমফমদি মহাক্না ইৱিবহনা বাঙালীশিংগী মরক্তা সাহিত্য চর্চা তৌহন্দুনা মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎহনবা অমসুম তৌবদগী শিথরুৱবা সংস্কৃতিগী ঈহৌদা অনৌবা মথৱায় হাপ্না হায়বসিনি। মসিগী পান্দমফম অসি ফংননবগীদমক মহাক্না "বঙ্গদর্শন" ( বঙ্গদেশকী মিংশেন ) কৌবা থা থাদা ফোঙবা পত্রিকা অমা সাল ১৮৭২ দা পুথোক্লম্মী। হাযৱিবা চেফোঙ অসিনা অৱোইবদা ইথিবা অনীথক্তং নত্তনা মহাক্না হেক ইবা পুন্নমক হাপ্লম্মী। মহাক্না ইথিবশিংদি উপন্যাস, ৱারী, নোৱ্নবগী ইবা, ঐতিহাসিক অমসুং মথল-মথেল কযাগী প্রবন্ধ, খঙবদা কান্নরবা ৱাফম, ধর্মগী মৱমদা নৈনবা ৱাৱেং, সাহিত্যগী সমালোচনা, লাইৱিকশিং নৈনহনা ইবা প্রবন্ধ অসিনচিংবশিং অসিনি।

ৱারী অনীথক অমসুং উপন্যাস মচা অমগা নত্তনা চট্টোপাধ্যায়না ইথিবশিং লমচৎ ব্যবহার তাকপা অমসুং অরুবা ৱাখল চঙবা মুন্থান পুন্সিগী মৱমদা কল্পনা তৌহনা ইবা ৱোমান্সকী উপন্যাসমক্তনি। "বিষবৃক্ষ" ( হু পাম্বী ১৮৭৮ ) "বঙ্গদর্শন্দ" দা মথং মনাও শৱেং শানা ফোঙখিবা মহাকী অহানবা উপন্যাসনি। ৱারীগী মূলভাব লুপ্পা লুহোংবদগী ইমুংগী অৱা-অনা তারকপগী মৱমদনি। লাইৱিক-লাইও হৈবা অমসুং ইনাক-কৈৱাক থুনবা নহা পাথং নরেন্দ্র মুখান চানা ময়ুম-মকৈ পাল্লবগী তুংদা লাইগী লোংদমদগী নহা ওইৱিবী মপা-মমা লৈত্রবী লৈশাবী কুন্দ ( কুন্দনন্দিনী ) গা থেংনৱম্মী অমসুং মহাকপু মাগী যুমদা তাংজফম পীৱম্মী। মহাকপু মাগী ঙুপী সূর্যমুখীগী শাগে-ঙাই থোকপা অমদা লুহোংহনা থাজৱম্মী। অদুবু মাগী মপুৱোইবা ইকুই কুইদনা শিথিবদগী মহাক নগেন্দ্রগী যুমদা হন্জনা লৈৱম্মী। নগেন্দ্র কুন্দগা হংশিনৱম্মী। সূর্যমুখী মসি থঙলক্লম্মী অমসুং মপুৱোইবা নিংবী সূর্যমুখীনা মাগী মনীং থুহল্লিংলম্মী অমসুং কুন্দবু লুহোংহনা মাগী ঙুপী ওইনা লৌনবা হায়জবদা মহাকসু

য়ারম্মী। অমম্মা লুহোংলবগী তুংদা সূর্যমুখী কনা অমত্তা তাক্লম্মদনা মমুম খাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। মহাক্না কায়নবদা নগেন্দ্র হায়ফম থগদনা রারম্মী অমসুং চয়োল থরগী মতুংদা মহাক্না কুন্দবু হুংশিখিবতু ময়ায় চমখিরম্মী অমসুং সূর্যমুখীবু কোইথি থিরক্লম্মী। সূর্যমুখী শিরগদৌবদগী সন্ন্যাসী অমনা কনবিরম্মী। নগেন্দ্র সূর্যমুখীগা থেংনরম্মী অমসুং মখোয় অনীমক ইরাই লায়না হান্নগুম হুংশিনরম্মী। কুন্দ রাবনা থম্মোয় কায়রম্মী অমসুং মথক্তা মথরায় থাজরম্মী। থৌদোক কয়ামুক অমসুং মরক-ময়াগী চরিত্র কয়ামুক হাপচিনবদগী অতয়বা উদ্দেশ্য অমগীদমক ইবা খুৎইসিবু পাবদা লেথোক্লক্কদোবা অতুদগী কোকহল্লম্মী। উপন্যাস অসিদগী বাঙালী অপাবশিংনা অহানবা ওইনা তন্নামাপনগুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপা মতমদা লৈরম্বা সমাজগী মতুংদা ময়ায় ওইনা পানবা কাঙলূপকী য়ুম্বান পুন্সিগী য়াম্না ময়েক শেংলবা শক্তম অমা থগবা গুল্লম্মী। চট্টোপাধ্যায়না মাগী রারী লীবগী হৈ-শিংবা "বিষবৃক্ষ" দা মপুং ফানা শিজিন্নরম্মী। তৌইগুম্বসুং উপন্যাসিক অমা ওইনদি লাইরিক অসিনা চট্টোপাধ্যায়গী আদর্শদা অকায়বমা থোকহনথি, মরমদি মহাক্না মীওইপোক্কী পুন্সিবু থিদোক্তুনা তাকপা অমসুং উৎপা মীশক অমা ওইবদা পেনবা ঙমহন্দ্রতুনা নীতি তাকপা অমগুম চোংথোক্লককথি। মসিনা মহাক খুন্মাং চাওশিন্না য়েংবা ঙমদবা সংস্কারক অমনি হায়বসিস্থ উৎলি। চট্টোপাধ্যায় নোনা লিংখৎথিবা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী (১৮৫৬) ইহাল্ল হানবা গ্রেজুয়েট অনীগী মরক্তা অমনি। তৌইগুম্বসুং মহাক সমাজ সংস্কারগী মরমদা থায়নগী চৎনরকপা লেঙবা য়াদে হায়বসিদা থাজবা মীশক্লি অমসুং লুখ্রাবী লুহোংববু মহাক য়ান্নমদে।

অমগা অমগা শমজিন্নবা য়াদবা তোঙান তোঙানবা রারী অনীবু পূনশিন্নহুনা ইবদগী "চন্দ্রশেখর" ( ১৮৭৭ ) উপন্যাস য়াম্না শাথিনা শোয়রম্মী। মসিগী বিষয়বস্তু তন্নানিপানগুবা শতাব্দীগী রারী অমনা ওই। অতুবু ঐতিহাসিক উপন্যাসতি নত্তে। অতুম ওইনমক মসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা মরম অমদি লৈ, মহুদি, চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাসশিংগী মতংদা চরিত্র অমবু হায়বদি, মসিগী নায়িকা শৈবলিনীগী চরিত্রবু মপুং ফানা পুথোকখিবসি উপন্যাস সিমতনি। পনবা য়াবা রাকম অমনা লেখক্না লাইনা তম্বা হায়বসিদা থাজমনথিবনা রারীগী পরীং চুশিন্নবা রাৎলি।

মথংগী উপন্যাস "রজনী" (১৮৭৭) রিলকি কোলিন্সকী *A Woman in White* হায়তুনা ইরিবা আত্মচরিত ইবগী খুৎইহু লৌহুনা ইবনি। লাইরিক্কী মমিং থোন্নিবা চরিত্রগী আদর্শনা বুলরার লীটনগী *Last Days of Pompeii* গী *Nydia* গী চরিত্রদা য়াওরিবহুগা য়াম্না মান্নে। মমিৎ তাঙলবী লৈশাবী অমগী রোমান্সকী

বারীসিদা চট্টোপাধ্যায়গী খ্‌ুইদগী হেনবা মশাগী সাহিত্য শিল্পী অমগী শক্তি ফংজনা ফোঙদোকই। চরিত্র-চিত্রন চাং মায়ৈ অমসুং ইরিবা খুৎই চম্বী অমসুং মশাগী অতাখিদা ই।

"কৃষ্ণকান্তের উইল" দা (কৃষ্ণকান্তগী উইল ১৮৭৮) চট্টোপাধ্যায়না কল্পনাগা লোইননা পুক্নিংদা ফাওরকপা অনুভূতিগী শক্তা য়ানশিন্নৈ অমসুং মরম অসিদগী নোংচুপ-লোমগী উপন্যাসকা য়াম্না নয়হল্লি। ঘটনাগী মতাংদা মসিগা "হু পাম্বী" শীগা থরা থরা মায়বগুম তৌই। ইমুং-মচুং মহী লাওবগী থৌদোক অমনা হৌরগা হুখাল্লবা হুপা অমনা মাগী হকপান্নরিবী হুপীচুদগী মশক-মতৌ হেন্না ফজবী নহা ওইরিবী লুপ্রাবী অমগা লোইননা হুংশিনরকপা অমসুং মতুম তৌবদগী ইমুংচুবু মাঙ-তাকহনবদা বারীগী অরোইবা ওইবা অতুগুম্বা বারীনি। মসিদা য়াওরিবা পাউতাক্তি মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্লবী মপুরোইবা নীংবী হুপী অমনা হুপা অমগী লৈথা তারবা আত্মাবু কনবা ঙম্মী অমসুং শারমচৎকী হুংশিবা মচুংশিনা মাঙ-তারবগী মশক ওই হায়বসিনি।

বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসশিংগী মনুংদা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি হায়বা য়াবসি হুপ্পগী "রাজসিংহ" (১৮৮১, অমুক হন্না ইথোকখিবা অমসুং চাউথোকহন্দুনা ফোঙথিবা মরীগুবা সংস্করণ ১৮৯৩) হায়বা উপন্যাস অসিতনি। তৌইগুমসুং ইতিহাসকা মরী লৈনদবা ঘটনাশিং অমসুং ইতিহাসকা চানদবা চরিত্রশিং হাপচিনবদগী উপন্যাস অসিগী ঐতিহাসিক পরিবেশদা অকায়বা থোকহল্লি। অতুম ওইনমক মসিগী বারী য়াম্না হুংঙাইনা থোকই।

"আনন্দমঠ" (১৮৮২) মতিক চাবা বারী পরিং য়াওদবা রাজনৈতিক উপন্যাসনি। মসিনা চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস ইবগী শক্তি মযেং তাথল্লে হায়বসি শেংনা তাকই। শোস্তক তারবা বারীসিগী য়ুমফম অরাং বঙ্গদা সাল ১৭৭৩ দা হৌথিবা সন্ন্যাসীশিংগী লালহৌ অমদা ওই। বঙ্কিমচন্দ্রনা মসিবু ধর্মগী উকমদা রাজনীতিগী মচু শঙজিন্দুনা পুথোকই। মহান্না মাগী চরিত্রশিংবু গীতাদা তাক্লিবা মহৈ পামদনা তৌবা কর্ম (নিষ্কাম কর্ম) অমসুং যন্ত্রবু মাঙহনবা (দুষ্টদমন) হায়বশিং অসিনা মপুক্নিংদা থৌইশিন পোকহল্লবা দেশভক্ত মক্তা ওইহৃ। অমসুং হৌথিবা চহীগী চাক্তাংবা থোকহনখিবনি হায়না লৌরবা দেশকী তমথীবা য়েন্নবা বৃটিশশিংগা মথোয়গা থুংলোখীবা কয়ামকম মথোয়রুনা লান থেংনহল্লি। তৌইগুমসুং লেখক মশা সরকারগী কর্মচারী অমা ওইবনা মহান্না বৃটিশ শাসনবু অচুম্বা লৌনরিবসি লাঞ্জি হায়না উৎনবা হোৎনৈ অমসুং মরম অসিনা মহান্না আনন্দশিংনা মায়থিখিবন্থু মথোয় মশানা লোয়বদগী থোকচবনি বৃটিশশিংগী কন্নবা শক্তি অমসুং হৈশিংবনা নক্তে হায়না

তাইখিল্লি। বঙ্কিমচন্দ্রনা অসুম্না তৌখিবসি ব্রুটিশ শাসনবু পাম্বগী নত্তে মরমদি মহাক মরৈবাক নীংবা ভারতমচা অমা ওইবতা নত্রনা মখোয়বু য়ানিংদবগী মরম্নাই মরম খরসু লৈ। অসিগী মথক্তা নোংম-নোংমগী অসুম অসুম কনখৎলক্লিবা স্বদেশী আন্দোলনগী ঈহৌ অহুবুসু মহাক খঙদবা নত্তে। "আনন্দমঠ" লমন খুম্বা ওইনা অমসুং শ্রদ্ধা উৎপা ওইনা মহাক্না ইথিবনি। উপন্যাস অমা ওইনদি মসি থোইদোক্না নীংথাননিংঙাই ওইদে। তৌইগুম্বসুং মসিনা হিন্দুশিংগী মরৈবাক নীংবা হায়বসি করিনো হায়বদু উদাহরন পীদুনা তাকপগা লোইন লোইননা বাংলাদেশতা ( অমসুং ভারতবর্ষদা ) 'বন্দে মাতরম' ( খুরুমজরি ইমা ঐনা ) হায়বা ইহান হানবা সঙ্গীত পীখিবসিনা "আনন্দমঠ" হায়বসি অচোবা লেখক অমগী য়াম্না মরুওইবা লাইরিক অমনি। তান চান্নরুবদগী উপন্যাস অসিনা কুনস্তবা শতাব্দীগী অহানবা চহী তরাগী কুমচৎকী মরুংদা হিন্দু ধর্ম শন্দোকপগী থোদোদগী হৌরগা সন্ত্রাসবাদীগী আন্দোলন ফাওবা হৌহনখিবা অঙকপা ফংলবা হৈনিংবগী ঈহৌ অমা ধর্ম, দেশপ্রেম অমসুং জাতিগী থৌদোশিংদা পোকহনখিরম্মী।

মরকসিদা চট্টোপাধ্যায় শিল্প কলারোমদগী পাউতাক পীবরোমদা চঙশিল্লক্রম্মী। ব্রাহ্ম একেশ্বরবাদ অমসুং অতৈ অতৈ থুন্মাং চাওশিনবগী ভাব য়াওবা ধর্মগী ব্রাখলগী মায়োক্তা হৌরকপা ভগবদগীতাগী অমসুং অতৈ হিন্দু ধর্মগী লাইরিকশিংগী তথ্যায় অমা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপা ব্রাফমশিংদা যুক্ষম ওইদুনা থোক্লকপা শাস্ত্রবিশ্বাসী ওইবা হিন্দু ধর্মগী অনৌবা ধর্মতত্ত্ববাদ অসিনা চাউরবা উপন্যাসিক অসিবু পুমওন ওলহনখিরম্মী। মাগী 'দেবী চৌধুরাণী" ( ১৮৮৪ ) হায়বা উপন্যাসনা মহাক্কী অসিগুম্বা ধর্মগী ব্রাখল অসিবু চপ চানা ফোঙদোকই। মসিগী রারী গীতি নাটক্কী মওংনি অমসুং পুরিংদা পাল্লি হাযবসিদা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। মতাং থরদি তশেংনা থোকখিবদোনা ফাওহল্লি। তৌইগুম্বসুং মথোক-মওই লৈবা ব্রাহ্মণ নহা অমগী হুক্কেকপীরবী মুপী অহন॥ শক্তম লৌরিবী নায়িকাবু ভগবদগীতাগী নিষ্কাম কর্ম হোদোকপীবা শ্রীকৃষ্ণগী থৌদোহু লৌদুনা মুপী রোরীন হুডকুম শেমগৎলকপদু চুশিনবা রাংলি অমসুং পংশেম শেমজিনবা মাল্লি।

চট্টোপাধ্যায়গী অরোইবা উপন্যাস "সীতারাম" দা ( ১৮৮৬ ) ইরিবদি ময়ায় বঙ্গদেশকী থরা নেম্বা লমদমগী হিন্দু জমিদারনা মতমদুগী পারম্বা মতিক চাত্রবা মুসলমান শাসক্কী মথক্তা হৌথিবা লালহৌ অমগী রারীনি। মপুং ওইবা চরিত্র রুজনা শেম্নরমু অতৈ অতৈ চরিত্রশিং আদর্শ ডাক্না চৎপা অমসুং কাহেন্না ফয়নখিবা

ঙাক্লা ওইনা তৌই। ঘটনা নিংখিনা য়াত্তে অমসুং শাগত্তে অমসুং রচনারীতি চাং য়ান্নদে অমসুং অশোয়বা য়াম্না য়াওই।

উপন্যাসকী মথংদা নোব্লিংবগী রস যাওবা প্রবন্ধশিংনা চট্টোপাধ্যায়গী থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা খুৎইনি। "কমলাকান্তের দপ্তর" (কমলাকান্তগী পংই ইবশিং ১৮৭৫, শাল ১৮৮৫ দা অমুক হন্না চাউথোকহন্দুনা "কমলাকান্ত" হায়না মমিং থোন্দুনা কোঙদোকখিবা) ডি কুইনশিগী *Confession of an English Opium Eater* হায়বদুগী মওংদা ফাগী ফাবাং অমসুং বাখল চঙবা রা তশ্বায় তশ্বায় য়ান্নদুনা ইবনি। মসিদা লেখকী খ্বাইদগী যজবা রচনারীতি উৎলি। চট্টোপাধ্যায়গী য়াম্না বাখল চঙবা প্রবন্ধশিং খণ্ড অনীদা থোমজিন্দুনা লৈ। মসিদা নৈনরিবা বিষযশিংদি দর্শন শাস্ত্রগী দৃষ্টবাদতগীনা সাহিত্যগী সমালোচনা ফাওবা অদুগা ইতিহাসতগীনা সাধারণ বিজ্ঞানগী আলোচনা ফাওবনি। মাগী শাংলবা প্রবন্ধ অনীথক্তা চট্টোপাধ্যায়না মিলগী হিতবাদ অমসুং কোঁতেগী প্রত্যক্ষমানবিকবাদপু শন্দোক্লা তাক্লবা য়াম্না রানা পোৎনরম্মী। লৌউ-শিংউদুনা হিংলিবা বঙ্গদেশকী শেল-থুমগী মরমদা তোঙান তোঙান থাগদোক্কুনা পুথোরম্মী, মসিদগী মহাক লৈবাকসিগী মীশিংগী মরমদা য়াম্না মপুরিং চঙনা খিক্তিন হুমজিল্লম্মী হায়বদি অন্নমান তৌবা যাই। তৌইগুম্বসুং লাইবক থীবদগী আধিদৈবিক অমসুং আধ্যাত্মিক ভাবলোমদা মাগী মপুক্লিং থোইনা হেন্না থিংজিনখিরম্মী। মীযামগী য়াইফনবা তৌবনা অচুম্বনি হাযবা মতবাদলোমদা অমসুং বাঙালী লৌউ-শীংউবা সমাজগী সমস্যারোমদা মহাক করিমত্তা হৈনিংখিদ্রে অমসুং মদুগী মহুত্তা সাংখ্যদর্শন অমসুং গীতা নৈনবরোমদা মপুক্লিং লূপখ্রে। মাগী পুক্তিগী লোইশিন্নকপা চহী মতাংদা গীতা অমসুং কৃষ্ণতত্ত্ব নৈনদুনা লেনখিরম্মী। অসুম্না যিক্তিন-হুমজিনবদগী ফংলকপা জ্ঞান মাগী লাইরিক অনীদা শাওরি "ধর্মতত্ত্ব" (১৮৮৮) অমসুং "কৃষ্ণচরিত" (১৮৮২, অমুক হন্না শেমদোক-শেমজিন তৌবনা ১৮৯২)। অকোনবগী লাইরিকসি অফ-যত্ত কুপ্না য়েংশিনবা ঙম্বা অমসুং ইতিহাসকী মরমদা নিংথিনা থঙবা চাট্টাপাধ্যাযগী শক্তিগী লেঙঙবা খুদম্নি।

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় রারী লীবদা য়াম্না হৈশীংবা মীনি অমসুং রোমান্স খুৎইগী মকে,কথোংবা শিল্পী অমনি। মীওইপোকী পুক্তিগী মরমদা য়েংলিবা মিৎয়েং মসুং পাংঙম হুক্তিনব্রবসু অমসুং চপ চানা ওনবা ঙমব্রবসু অদুগা মানা কোল্লিবা লমথৈ পাক চাউব্রবসু মহাক অচৌবা উপন্যাসিক অমনি হায়বা য়াই। মহাক চুন্নগী অচৌবা উপন্যাসিক্তি হায়বক্তনা অচুম্বা ওইয়োই, মসিদগী হেনবা মাগী থোইদোকপা মঙ্গল থম্নসু লৈরি। মহাক লন্দী তাকপা অমসুং লমশাবা মীশক্লি। চট্টোপাধ্যায় ইংরেজী

শিক্ষা ফংলবা, ইংনা পানবা য়ুম্বান পুক্সিদা লেক্লিবা, রাস্ত্র-পাদবা অমসুং মান মর্যাদা লৈজবা বাঙালীশিংগী মীহুৎ অমা ওইনা লোংচুপলোমগী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মৈরা শায়জুনা সুচিংখিবা মীশক্তি। মহাক্কী পুক্সিদা অমত্তা ডাইরবা সাহিত্য ইনিংবগী ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা হৌরকখিবা তযাং-তশোইবা পুরিংগী থৌইনশিন হায়ববু ক্কিম্নু লৈতবা মাগী ইমুং-মঙ্গংগী হুংডাইতবা য়ুম্বান অদুদগীনি। তৌইগুবসু' মাগী উপন্যাস-শিংদা হুংডাইরবা পুক্সি মরেক্ল তাউথোকহন্দুনা উৎলিবশিং অসি ভিক্তোরিয়াগী মতমগী হৌনবী পরিবেশনা কুপ্লবা মতমতুগী বাংলাদা হোডনা চাউনা পাম্নরবা পুক্সিগী প্রতিরূপনি। মাগী উপন্যাস পাবশিংনা অদুগুম্বা তঙাং তঙাংবা মতৌদুবু উম্নম্মী অমসুং হৌজিকসু অদুম মউরি। চট্টোপাধ্যাযবু পাম্নখিবা অদুগুম্না পাম্নবা বাঙালী লেখক অমত্তা মাগী মমাঙদসু অদুগা মতুংদসু থোক্লকখিদ্রি। মা া উপন্যাসশিং ভারতকী অচো অচোবা লোনশিংদা অনুবাদ তৌনপ্রে অমসুং হাম্নরিবা লোনশিং অসিগী সাহিত্যগী মচাক শেমগৎপদা মসিনা অচৌবা মতেং ওইনরে।

বঙ্কিমচন্দ্রগী পোকমিন্নবা ময়াম্বা সঞ্জীবচন্দ্র (১৮৩৪ ৮৯) মশাগী পীথোকচরকপা রারী ইবা অমা ওইরম্মী। করিগুম্বা মহাক্লা মপুরিং থরদং লৈতারম্নবদি অমসুং চনিং তানা সাহিত্যগীদমক হোৎনরম্বা থোক্লবদি মহাক শোয়দনমক মনাউহুপাদগী হেনবা অচৌবা উপন্যাসিক অমা ওইরমগনি। মহাক্লা মনাউহুপাগী থা থাগী পত্রিকা "বঙ্গদর্শন"গী ফোঙবা লেপ্পমদাই চহী খবা সম্পাদন তৌরম্মী অমসুং মশামক্কী অশিকপা পত্রিকা "ভ্রমর" (১৮৭৪ গী এপ্রিল থাদগী) পুথোক্লম্মী। পত্রিকা অনীমক মপা-মপুনা লৈরম্বা কাঁঠাল পাড়া (কলকাতাদগী অরাংলোমদা মাইল কুনমরী লাপ্পা) খুঙ্গংদা ছাপা তৌরম্মী অমসুং ফোঙসু ফোঙলম্মী। "ভ্রমর" গী অহানবগী চেফোঙ অনীদা সম্পাদক মশাগী রারী অনীথক য়াওরম্মী, অকোনবগী রারীসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মমৈ কাইনথংদা রারী মচানি হায়না হৌদোক্লকপা অদুগা চাংদম্নবা য়াই। মহাক্কী "কণ্ঠমালা" (লীক পরেং, ১৮৭৭) ইফা ফাদোক্লা অমসুং ইচেক চেকশিন্দনা ইবা উপন্যাসনি। মীওইববু হুংশিবা সমাজ কাঙবুনা মতাং কুনদা ইথিবশিং অদুনা বঙ্কিমচন্দ্রনা "আনন্দমঠ"কী মঙ্গংগী ভাব ধারণা ওইনা শিজিন্নরম্মী। "মাধবী লতা" (১৮৭৮-৮০) উপন্যাসতা "কণ্ঠমালা"গী চরিত্রশিংগী হৌখিবা রা কয়ামুক য়াওরম্মী। রারীসিনা বাংলাগী ফুজ্জারারীশিংবু নিংশিংহল্লি। রারী ইচাই চাই, লীরিবা মঙং হৌনৈ হায়বগী মতাদা লী অমসুং লোইশিল্লকপা হিরাক-হিংজিন্দা লোইশিল্লি। তৌইগুম্বসুং পিতমগী চরিত্র হুংশিবা পোকহল্লি অমসুং লেখক মশামক্কী প্রতিরূপ ওইনা তৌই। "জাল প্রতাপচাঁদ" (শাজিনবা প্রতাপচাঁদ ১৮৮১) দা ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুং অমগী ইমুং-মঙ্গং হুংডাইনদবগী রারী অমা ফজনা ইরি; অনিগুম্বা

হৌগাইনরবগী থোৌদোক্লি তরামাপনতবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদা ইমুং থুদিংদা থোক্লবা থোৌদোক্নি। মসি উপন্যাস ওইরমুক ইতিহাসকী থোৌদোকচু ওই অমসুং মসিগী মরম থম্মোয় য়াওনা ই। সঞ্জীবচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী তোপ তোপ তারবা অমসুং অফাওবা লাইরিক্তি লমকোই মরমী "পালামৌ" ( মথং মনাও নাইনা ১৮৮০-৮২ দা ) ফোঙ-দোকখিবা অসিনি। মসিগী লাইরিবসিদা হৌখিবা শতাব্দীগী চহী য়াম্মু চনশিল্লকপা চহীশিংদা ছোটানাগপুরগী চীং মচা মচাশিংগী তনৌ তনৌরিবা, খুৎ শোক্তি্রবা মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা অমসুং মফমদুদা তারিবা জন জাতিশিংগী য়ুহান কৈবাম্না য়ুম্ফম ওইরগা লেখকনা মাগী থম্মোয়সুংগী নৌরবা বাখলবু শৈথাদুনা ইরি।

সঞ্জীবচন্দ্র চাট্টাপাধ্যায় মশাগী পীথোরকপা মগুণ য়াওবা লেখরি। মহাক কল্পনা শক্তি লৈবা অমসুং থম্মোয় শানবা মীশক্তি তৌইগুম্বসুং মহাক চেকশিন্দে অমসুং হোৎনবা রাৎলি; মসিমক্তনা মশাগী য়াওজরিবা মগুণ অদুদগী মশাবু হম্বহল্লি। ময়াম্বা চট্টোপাধ্যায় গত্তদা ঙাক্তা ইরবসু মশাদি কবিনি অদুগা মনাউনুপা চট্টোপাধ্যায় কবি গুপওই ওইরমদে। তৌবগীদি মহাক্না ইরম্বনি হাযবা শৈরেংগী লাইরিক অমদি থেংনৈ তৌইগুম্বসুং মসি মাগী মগুণ হেলহন্নবগীদমক নত্রগা হম্বহন্নবগীদমক হায়রমত্রা হায়বদুদি থঙত্রে।

তারকনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী ( ১৮৪৫-৯১ ) "স্বর্ণলতা" (১৮৭৩) দা ইরিবদি বাঙালী সমাজগী মযায় ওইবা থাকী হম্বা কাঙবুগী অয়ুক ফমিদাংগী পুন্সি, মথোয়গী তুক্কচনিংঙাই ওইবা কল্লক থবম্নবা, কন্নিসু নত্তবদা যেংথিনবা, অরা-অনা পুম্বা মিৎ-না উইশিন্দুনা থাঙবা অমসুং ইচম চম্বা মথোয়গী মঙ্গংঙাই অসিনচিংবা অসিনি। মসি মম্বান পুন্সিগী চপ-চাবা শক্তম তাক্তুনা ইবা ইহান হানবা বাংলা লোনগী উপন্যাসনি। মসিগী চরিত্রশিং হিংলিবা মীওইশিংদগী লৌথোক্তুনা ইবনি। খুৎইগী রীতিদা অমসুং কলা কৌশলদা বঙ্কিমচন্দ্রগী প্রভাব অমত্তা উপন্যাস অসিদা চঙখিদে। গঙ্গোপাধ্যায় মরমী অহমগা উপন্যাস অনীগা ইরম্মী, মথোয়সিদা য়াওরিবা মচাক ꠲ম্বা মহাক মশানা থেংনবদগী লৌথোকপমক্তনি। মহাক সরকারগী ডাক্তর ওইনা থবক তৌরম্মী।

প্রতাপচন্দ্র ঘোষকী ( লৈখিদবা ১৯২০ ) "বঙ্গাধিপ পরাজয়" ( অকুৎপা বঙ্গদেশকী মপুদী মায়খিবা, খণ্ড অনী থোক্না ১৮৬৯ অমসুং ১৮৮৪ দা ফোঙদোকখিবা ) উপন্যাস অসিদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাসশিংনা কন্নিগবা প্রভাব অমত্তা তাহনবা ঙম্রমদে। মসি তরামাপনতবা শতাব্দীদা ইখিবা মৌলিক উপন্যাসশিংগী মরক্তা মতমমতুংগী ইংরেজী উপন্যাসশিংগা শাংবদা চাংদমবা য়াবা অমত্তা ঙাম্মবা উপন্যাসনি।

মশিগী ৱারী ঐতিহাসিক ৱারীনি মপাঙ্গী ৱাথল থেম্নবা অমসুং পাওজেলদা ইমুং-মনুং হুংঙাইনদবনা থৌদোংবদগী যশোরগী নিংথৌ প্রতাপাদিত্যনা লৈখা তাখিবগী মতাংনি। লেখক মশামক এসিয়াটিক সোসাইটিগী তেংবাংবা লাইব্রেরীয়ান ওইরম্মী অমসুং প্রত্নতত্ত্বগা মরী লৈনবা বিষয়গী মরম নিংথিনা খঙবা মমিং চৎপা মীশক্নি। মহাক ইতিহাসতা ফংবা অতূদগী চাইথোক্তনবা কন্না হোৎনরম্মী অমসুং তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী ডল্লিউ মতমগী ঐতিহাসিক পটভূমিকা অমসুং মতমমতুদা লৈরম্বা দেশকী মতুং মতৌশিং লেঙদনা থম্নবা কন্না হোৎনরম্মী। চরিত্রশিং শেম্লিবা মশেম য়াম্না ফজে। "অকুৎপা বঙ্গদেশকী মপুংগী মরাই চাইথরকপা" হাংবসিগী য়াম্না থাক্নবা খুৎই, শাংনা শাংনা বর্ণনা তৌবা অমসুং ঙাইবদা ৱারবা ৱারীগী খোঙচৎ অসিনচিংবা অসিনা উপন্যাস অসিগী রূপপু ময়েং তাহল্লি। মরম অসিদগী উপন্যাস অসি পাবদা চরে-চমোনবা পোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং পাবদা অপন-অরাকশিং থরসি য়াওরবস্ত য়াওনা অপাবশিংনা মসিবু হ্রস্বাত্মক পাম্নদবদি তৌথিদে।

বঙ্গদেশকী ৱাংমদা আর, সি, দত্ত হায়না খঙনবা ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসকী সদস্য অমসুং ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী সভাপতিসু ওইখিবা রমেশচন্দ্র দত্ত ( ১৮৪৮-১৯০৯ ) বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী থৌইনশিন্দগী ঐতিহাসিক অমসুং ইমুং-মনুংগী ওইবা উপন্যাসশিং ইবমী। মহাকী অহানবা উপন্যাস অনীদু অর্ধ-ঐতিহাসিক রোমান্সনি হায়বা যাই, হাযরিবা উপন্যাস অনীসিগী 'বঙ্গবিজেতা" ( বঙ্গদেশপু জয় তৌবা মী ১৮৭৪ ) হায়বসিনা ঐথোয়বু আকবর॥ মতম ফাওবা অদুগা "মাধবী কঙ্কন" ( মাধবীগী উশানা শাবা খুজী ১৮৭৭ ) হায়বসিনা শাহজাহানগী ফাওবা পুন্না চৎলি। মথংদা ইখিবা উপন্যাস অনীদি থাডেংশেংবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি, "মহারাষ্ট্র জীবন প্রভাত" ( মারাঠাশিং যাকাইরকপা ১৮৭৮ ) হায়বসিদা ঔরঙ্গজেবকা শিবাজীগা অনীগী লান য়াম্নবগী অমসুং মারাঠাশিংনা ভারতবর্ষগী অকনবা শক্তি অমা ওইনা থোক্লকপগী ৱারী ইরি অমসুং "রাজপুত জীবন সন্ধ্যা" ( রাজপুতশিংনা মরাই চাইথরকপা ১৮৭৯ ) হাযবসিদনা জাহাঙ্গীরনা পানবা মতমদা রাজপুতশিংগী শক্তি মরাই চাইথরকপগী ৱারী ইরি। উপন্যাস মরীসি অনীগুবা সংস্করণদা পুপুল্লপ নশিন্দুনা "শতবর্ষ" হায়না কৌদুনা ফোঙদোক্লম্মী, মরমদি ৱারীশিং অসিনা মোগল নিংথৌরেল মরীনা মথং মথং পানখিবা চহী চাম্মগী ৱারীবু ঐথোয়দা খঙহল্লি হায়বগীনি। "বঙ্গবিজেতা" থৌদোক-ৱাথোক অমসুং চরিত্রশিং কা হেনমনখিবনা ৱারীগী খোঙচত্তা অকাযবা থোকহল্লি অমসুং মসিদা য়াওল্লিবা ইংরেজী উপন্যাসকী থৌদোক ৱাথোক অমসুং চরিত্রশিংনা পটভূমিকা ওইবা শরকশিং ইরাই লাইনা উবা ফংই। "মাধবী কঙ্কন"গী ৱারী টেনিসনগী ***Enoch Arden***

হায়রবত্নগী শরুক থরা লৌথোক্তনা ইবনি। খুৎইগী রীতিদা অমসুং রারী শাগৎলকপদা সিগী মমাঙগী উপন্যাসকা চাংদমহ্নুনা য়েংবদা মসিগী উপন্যাস অসিগীনা চঙথোনবা হেল্লি। "জীবন প্রভাত" না অমুক্তা হেন্না ফজনা ই। দত্তগী ঔরঙ্গজেবনা বঙ্কিমচন্দ্রগী রাজসিংহ উপন্যাসতা য়াওরিবত্নদগী মরীক চুম্বা হেল্লি। অদুগা লেখল্লা মমালৈবাকপু ঙ্গংশিজবস্থ উপন্যাস অসিদা মযেক শেংনা ফোঙদোকই। "জীবন সন্ধ্যা"দা ইতিহাসকী রানা মপুং ওই অদুগা রারীগী কল্পনাগী শরুক্তা থবদা মথাওই। ঘটনা য়াম্মনথিবনা অমসুং রারী তাকপগী চাংনা হেনমনথিবনা উপন্যাসকী রসতা খুরৌ চেনহল্লি।

দত্তগী ইকোন কোনবা উপন্যাস অনীমক নোংচুপ বঙ্গগী সমাজদা ময়ায় ওইনা পানবা কাঙবুগী মতংদা থবা হন্থবা থুঙ্গং অমসুং সহরদা লৈবা মীশিংগী থোৎ-মেওলবা ঙ্গংশি-ঙ্গংওনগী রারী মক্তনি। দত্ত মতম থরা হায়রিবা লমদমশিং অসিদা জিলা শাসক ওইনা লৈরম্মী অমসুং অস্থুম্না লৈরিবৈদা মহাক্লা থেংনরকপশিং অদুনা উপন্যাসশিং অসিগী মচাক্লি। রেভারেণ্ড লালবিহারী দেগী *Bengal Peasant Life* কৌবা (লণ্ডন, ১৮৭৩) লাইরিক্তা হায়রিবা লমথৈসিংগী লৌমী ইমুংশিংগী চপচাবা জীবন-চিত্র ফজনা য়েক্তনা তাকপ্রবনি। "সংসাব" (ইমুং-মচুং ৮৮০) (১) উপন্যাসতা দত্তনা লূপ্রা লুহোংববু কল্পা শোগৎলম্মী। মাগী অভিমত চট্টোপাধ্যায়গী বিরুদ্ধদা লৈরম্মী হায়বা অমসুং মরীক চুম্না ইরবা উপন্যাস অসিবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নথিবা অসিনা চট্টোপাধ্যায়গী "বৃষবৃক্ষ" ফোঙপ্রবগী তুংদা লাইরিক পাবা সমাজগী রাথল কয়া যাম্না খুম্মাং চাওশিল্লবগে হায়বসি নিংথিনা তাকই। দত্তগী "সমাজ" (১৮৯৪) কৌবা উপন্যাসতা হান্নগী "সমাজ" হাযবা ১৮৮৬ তা ফোঙখিবা অদুদা য়াওবা মপুং ওইবা চরিত্রশিংগী মথা তাথরকপা ৃস্বগী খোঙচৎ তাকই।

দত্তনা অপুনবা ঋগবেদ বাংলা গদ্যদা অনুবাদ তৌরম্মী (১৮৮৫-৮৭) অমসুং ম্যুরনা মাগী সংস্কৃতকী লাইরিকশিংদা তৌথিবগুম্না দত্তনা মতিক মঙাল লৈরবা পণ্ডিতশিংগী মতেং লৌদুনা মরু ওইবা হিন্দুগী শাস্ত্রশিং অনুবাদকা লোইননা সংস্কৃতা ইরম্মী। মসিগী লাইরিকশিং "হিন্দু শাস্ত্র" হায়না কৌদুনা খণ্ড অনী থোক্লা ফোঙলম্মী। রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী রাবীশিংদগী লৌথোক্তনা মহাক্লা ইংরেজীদা ইরবা লাইরিকশিং অমসুং বাংলা সাহিত্যগী মরমদা কুপ্পা থিজিন্দুনা ইরবা *The*

(১) লেখক মশানা উপন্যাস অসি ইংরেজীদা *The Lake of Palms* (লণ্ডন, ১৯০২) হায়না মখিং থোন্দুনা অনুবাদ তৌরম্মী

*Literature of Bengal,* ১৮৮৭ ) থোইদোকপা য়াম্লি চৎলি। মহাক্না ভারতকী সভ্যতা কৌবা থও অনীদা ইবা লাইরিক লৈবাক অসিগী সংস্কৃতিগী ইতিহাসকী ক্রমরবা অমসুং কুপ্না থিজিল্লবা লাইরিক্নি।

বাংলা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ইতিহাসকী মরমদা অহুগা অমুকসু রাজনৈতিক ইতিহাসকী শ৹ক থরদসু আর, সি, দত্ত পাঙথোকফম থোকপা মথৌ পাঙথোক্লমলে। মহাক হন্নাইরবা থৌনা লৈবা মীশক্তি অমসুং জাতি অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা মরু ওইবা চহী মতাংদা চঙফম থোকপা মচাক-মথুম কয়ামরুম অবদান তৌরম্মী।

হংশিনরবা মশেন হংডাইনা থুংনবতুগী অমসুং ইমুং-মচুং মশেন হরাও-হংডাইনা পুনশিন্নরকপগী রারীতদা হৈনরক্লবা সাধারণ অপাবশিংগী অমসুং মপী-নহাশিংনা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী অরা-অনানা লোইশিনবা উপন্যাসশিং পাবা কয়া হৈনরমদে। মরম অসিদগী দামোদর মুখোপাধ্যায়না ( ১৮৫৩-১৯০৭ ) "মৃন্ময়ী" কৌবা মাগী উপন্যাসতা বঙ্কিমচন্দ্রগী অরাবা থৌদোনা লোইশিনথিবা "কপালকুণ্ডলা"বু হংডাইনা লোইশিনহন্দুনা ইহান হান্না ইরম্মী। বঙ্কিমচন্দ্রগী "দুর্গেশনন্দিনী" উপন্যাসকী অতোপ্পা নায়িকা আয়েষাগী মথাগী রারী "নবাবনন্দিনী" ( নবাবকী মচানুপী ) হায়বা মাগী উপন্যাসতা খ্বাইনা পান্নবা মরোইশিন্বা লোইশিনহল্লি। মুখোপাধ্যায়না স্কোটকী *The Bride of Lammermoor* অমসুং রিলকি কোলিন্সকী *A Woman White* অনীগী মতৌ লৌদুনা মথংশিংনা "কমল কুমারী" অমসুং "শুক্লবসনা সুন্দরী" কৌবা উপন্যাস অনীসি চঙখোম্না ইরম্মী। অসিদা নত্তনা মহাক্না মশাগী মৌলিক উপন্যাস তরানিথোইদগী হেন্না ইরম্মী। পুরিংদা দং হেক পানবা ঘটনাশিং অমসুং নীতিবাদনা মাগী উপন্যাস-শিংগী মরু ওইবা শরুক ওই।

কল্পনা তৌদুনা ইবা উপন্যাসতগীদি ঐতিহাসিক উপন্যাস ইবনা হেন্না লাইনা থোকই। মরম অসিনা অথেঙবা তরামাপনগুবা শতাব্দীগী উপন্যাস ইবশিংনা ঐতিহা-সিক উপন্যাসশিং ইনরম্মী, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা উপন্যাসশিং অয়াম্বা ইতিহাসসু ওইদে অদুগা উপন্যাসসু ওইদে। অদুগা অমরোমদা মশীং পংয়ামদি য়ামদবা উপন্যাস থরদা থাদুনা ইবা কুমচৎ মতমদুগী রা অমসুং বিষয়শিং অদুনা ইতিহাস ওইনা চপচানা ইবা লাইরিকশিংদগী হেন্নদুম চঙখোল্লম্মী। হারাণচন্দ্র রাহাগী "রণচণ্ডী" ( ১৮৭৬ ) অসিগুম্বা মখলগী রারীনি। মসিগী রারীসি বঙ্গদেশকী অরাং লোংপোক চিদাই আসামগী নীমানাদা লৈবা কাছারগী পরম্পরাদগী লৈরক্লবা ঐতিহাসিক রারীদগী লৌথোরকপনি। লেখক্না মসিগী রারীসি কাছারদা পাক্লবা ইরোই লোইবা লিংথো

গোবিন্দচন্দ্র নারায়ণগী মখা নহা ওইরিউদো থোগল তৌরবা অহল ওইরবা নাপিৎ অমদগী তাবনি। নাপিৎসিনা অমুক ৱারীসি নিংথৌসিগী লুপ্পা ওইহৌরবী মাগীগী উকিল ওইরবা ভদ্রলোক অহন অমদগী তাথিবনি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মচেম অহন স্বর্ণকুমারী দেবী (১৮৫৫-১৯৩২) সাহিত্যগী লমদা কোইথুং থুংনা মাযপাক্না পায়থৎলম্বী ইহান হানবী বাঙালী চুপীনি। মহাক্কী সাহিত্য জীবন অপন-অৱাক অমত্তা য়াওদনা শতাব্দী তঙ্খায় অমরোম চথরম্মী, অমসুং উপন্যাস কয়া, ৱারী মচা কয়া, কবিতা অমসুং নাটকশিং ইরম্মী। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "দীপনির্বাণ" (১৮৭৬ থাউমনা চাকথেকচবা) পৃথ্বীরাজগী থ্বাইনা থওনরবা ঐতিহাসিক ৱারীদগী লৌথোক্না ইবনি। মথংগী লাইরিক অনী "ছিন্নমুকুল" (হেক্তোক্লবা লৈয়োন ১৮৭৯) উপন্যাস অমসুং "মালতী" (১৮৭৯), অশাংবা ৱারী, অনীসিদা ইরিবনা মচেম-মনাও হুংশিনবগী ৱারীনি। অকোনবা ইরকপা উপন্যাসশিংগী মনুংদা "স্নেহলতা" (১৮৯২) থোইদোক্না পনবদা মতিক চাবা লাইরিক্নি। মসিদা ইহান হান্না কলকাতাগী সমাজদা মযাম ওইনা হিংলিবা কাঙবুগী মরক্তা লাইরিক-লাইত্ত হৈবশিংনা থেংনরিবা সমস্যাবু উৎলি। স্বর্ণলতা চহী থরা মবুংশিংনা সাল ১৮৭৭ তগী হোঙবা হৌথিবা থা থাগী পত্রিকা "ভারতী" গী সম্পাদক ওইরম্মী।

কুমচৎ অমত্তদা হৌমিন্নথিবা উপন্যাস ইবশিংগী মনুংদা শিবনাথ শাস্ত্রী (১৮৪৭-১৯১৯) অমসুং শ্রীশচন্দ্র মজুমদার (লৈথিদবা, ১৯০৮) অনীসিগী মমিং থোইদোক্না পনবা য়াই। শাস্ত্রীগী "মেজবৌ" (মৌ য়াইমা, ১৮৭৯) অমসুং "যুগান্তর" (যুগ অমা লোইথিবা, ১৮৯৫) উপন্যাস ওইনদি মচু কয়া তান্নবস্থ থায়নগী চৎনবী কা হেন্না ডাকপা ইমুংশিংনা ইংরেজী শিক্ষাবু কিনরবা মতমতুগী পুন্সিগী অমসুং সমাজগী চৎনবী মওং-মতৌগী চপচাবা শক্তম ময়েক লানা উৎপা লাইরিক্নি। মজুমদারনা ইবা "শক্তি কানন" (১৮৭৭), "ফুলজানি" (১৮৯৪) অমসুং "বিশ্বনাথ" (১৮৯৬) কৌবা উপন্যাসশিং অসিদা চহী চাম্মগী মমাঙগী বাংলাগী খুঙ্গংশিংদা লৈরম্বা পংচুং হুংঙাইতনা লেনবা নত্তবা পুন্সি মরেন মযেক শেংনা য়াম্না ফজনা উৎলি। প্রকৃতিগী ফজববু মচুং হুক্তিন্না উবা উবগী অমসুং লৌশিনবদা ৱান্নবা খুঙ্গংগী অচম্বা মহুংঙাইগী রোমান্টিক ওইবা পরিবেশবু লৌশিনবা উবগী মশাগী পীথোকচবকপা প্রতিভা মাগী উপন্যাসশিংদা ফজনা উৎলি।

শাউচেগী অইবা অমা ওইনা কাইনথংদা ফাওথিবা নগেন্দ্রনাথ গুপ্ত (১৮৬১-১৯৪০) অহানবা সাহিত্যগী লমদা হেক থোঙ্গারকপদা উপন্যাস ইদুনা হৌরক্নী। মহাক্কী অহানবা রোমান্টিক উপন্যাস "পর্বতবাসিনী" সাল ১৮৮৩ দা ফোঙলম্মী। মথংগী

লাইরিক "লীলা" ( ১৮৮৫ ) ইমুং-মচুংগী রারী ইবা উপন্যাসনি। অদুগা মশা শিরিয়্যেরী মমাঙ চষী থরা কাওবা উপন্যাস ইরম্মী। মাগী উপন্যাসশিং অসি বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাসকী খুৎইগী রীতি লৌদুনা নাটকী শরুক্কা মথুং ওইহন্দুনা ইরম্মী। অদুনা রারী মচা থরম্ম ইরম্মী অমসুং মথোয়সিগী মরক্তা থরদি য়াম্না কজে।

ইন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায়গী ( ১৮৪৯-১৯১১ ) করেম-কথাইনদুনা ইবশিং ( মথোয়সিদা কবিতাশিং, প্রবন্ধশিং রারীশিং অমসুং উপন্যাস অমা য়াওরি ) অসিগী য়াওরিবা মমল লৈরবা মচাকশিং অসিগীতা নত্তনা লেখক্লা ফোঙদোক্লিবা প্রতিক্রিয়াশিল ওইবা অমসুং শাস্ত্রবিশ্বাসীগী র'থল অদুগীদমক মতম অমদা য়াম্না থাগৎনথি। তৌইওবসুং মাগী করেম-কথাইনবগী ইরিবা খুৎইসিদা য়াওরিবা লৈবাকমচা তাদবা অমসুং অকাঃশিং হৌজিককী মতমগী অপাবশিংনা পাম্লিবা রস অদুদদি হাকমম্না থোক্লে। মরম অসিদগী হৌজিক্তি বন্দোপাধ্যায লেখক অমনি হায়বসি কাউনপ্লে, তৌবগীদি মহাক্লা ইরবা অতে থরা অমা য়েংলুরগদি মহাকপু অসুম তৌরক্ষম থোক্তবনি। বন্দোপাধ্যায়গী করেম-কথাইনদুনা ইবা উপন্যাস "ক্ষুদিরাম" ( ১৮৭৪ ) সাংবাদিক লেখকশিংনা খুম্মাং চাওশিনবা পাম্বা সমাজবু হুন্দুনা ইবগী চৎনবী হৌদোক্লম্মী। মহাক্কী সর্গ মঙাদা ইবা "ভারত উদ্ধার" ( ভারতপু কনবা, ১৮৭৭ ) করেম-কথাইনবগী থোইদোক্লা ফজরবা কাব্যনি।

প্রতিক্রিযাশিল ওইবা অমসুং কা হেন্না ধর্মদা থাজবা কাঙবুশিংনা থ্বাইদগী হেন্না পাম্নবা চেফোঙ "বঙ্গবাসী" লিংথৎখিবা যোগেন্দ্রচন্দ্র বসু ( ১৮৫৪-১৯৭৭ ) ইন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায অমসুং মাগী মরুপ অফাওবা লেখক অমসুং সমালোচক অক্ষয়চন্দ্র সরকারনা ( ১৮৪৬-১৯১৭ ) লুচিংদুনা শেমগৎখিবা সাহিত্যিক সংঘ অমগী মরুওইবা সভ্য অমা ওইরম্মী। বসুনা করেম-কথাইনদুনা ইবা উপন্যাস অমসুং রারীমচা পুন্না তঞ্জগী হেন্না ইরম্মী, ( মথোয়সিগী মনুংদা "মডেল ভগিনী" ( মতৌ লৌনিংঙাই ওইবা মচেম, ১৮৮৬-৮৮ ) থ্বাইনা ইহেন হেন্না খঙনবা লাইরিক্লি। মসি থ্বাইনা শকথঙ-মায়থঙলবা লাইরিক-লাইগু হৈবা অমসুং সংস্কৃতি থঙলবা ইমুং অমবু করেমদুনা ইবনি। বসুগী লাইরিকশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী ফজবদি "রাজলক্ষ্মী" ( ১৮৯৬-১৯০২ ) হায়বা বাংলা লোনগী থ্বাইদগী ইচাউ চাউবা উপন্যাস অসিনি। মসিগী রারী হিয়ুগোগী *Les Miserables* গী শকক থরা অদুগা ফুঙ্গারারী থরগা অমসুং তশেংনা থোকখিবা থৌদোক থরগা তোৎশিন-য়ানশিন্নদুনা ইবনি। উপন্যাস অসিদা শতাব্দীগী হেক হৌরকপা মতমদা বাংলাদেশকী মচুং অমসুং মপান্দা লৈরবা পুস্নিগী মওং-মতৌ অমসুং চৎনরবা লমচৎ ব্যবহার ময়েক লানা পীরি। মসিদা য়াওরিবা হিংলিবা মীওইশিংগী

পুন্সিমগী অশায়না লৌখোক্লগা করেম-কথাইনবগী শেমদোক-শেমজিন তৌহনা শেমগৎ-লকপা চরিত্রশিংগী রা পাবদা য়াম্না হুংঙাইহন্নি। বঙ্গগী লাইরিক অতৈদা তৌবঙ্কা চাং য়ামদবা অমসুং অশাংবা রাইৎ-রাতা কা হেন্না শিজিন্নবগী দোষ লাইরিক অমিদস য়াওই। অশাংবা বর্ণনা অদুগা রারী মপুংগা চামদবা মতাং কয়া য়াওন-রাওনমক "রাজলক্ষ্মী" উপন্যাস পাবদা অদুম হুংঙাই।

মুক্তারারীগী রীতি অমসুং কলাকৌশল নিংখিনা লৌহনা ইবা ত্রৈলোক্যনাথ মুখোপাধ্যায়গী (১৮৪৮-১৯১৭) পাবদা চংঙাইয়রবা রারীশিং করুণ অমসুং হাস্য রসনা মপুং ওই। অঙাংগী নাউত্তম ঊশৈদা তাংকনা অমসুং *Alice in Wonder Land* গী রারীগী নমুনা লৌহনা ইবা "বঙ্কাবতী" গী (১৮৯২) রারীনি। অঙাংশিংগী ওইনদি ইরগা অহল্লোয়া পাবদসু হুংঙাইবা উপন্যাস অসিদা তশেংনা থোকপা থোদোকা অমসুং ভাবনা শাজিনবগা অদুগা অমুক করুণ অমসুং নোক্কিংবা রস অসিনচিংবা ময়ামগি খুৎশায়না চৎমিন্নহন্দুনা ইবা খুৎইসিনা ফজরবা কলাগী খুৎশেম মথল অমা ওইহল্লি। অপাঙবা ভাবা অমসুং মহু চেন্নবা ধর্মদা কা হেন্না থাজবগী শাজৎপু য়াংলপ্পা করেমবনিনা মসিগী রারীসিবু মথৌ শংই। "মুক্তামালা" গী (মুক্তা পরেং, লাইরিক ওইনা ১৯০১ দা ফোঙথিবা) রারীশিং বাংলা সাহিত্যগী *Arabian Nights* নি হায়বা য়াই অমসুং "ডমরুচরিত" (ডমরুগী পুন্সিগী রারী, লাইরিক ওইনা ১৯২৩ দা ফোঙথিবা) কৌবা লেখক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা থোমজিনখিবা নায়ক ডমরুধরগী মরমদা করেম-কথাইনহনা অমসুং নোক্কনবা ইবা রারীশিং, নোক্কনবা ইবা সাহিত্যগী লাইরিক্কি অমসুং *Don Quixote* অমসুং *Kai Lung* গী মথলগী রারীশিংগা চপচানা চাংদমবা য়াই। "বঙ্গবাসী" পত্রিকাগীদমক ইমিন্নখিবা লেখকশিংগী মতুংদা মুখোপাধ্যায়না থ,াইদগী ইহেল হেল্লম্মী। মহাক্কী লোল চন্মী অমসুং থোঙচৎ য়াংই অমসুং ফোঙদোক্কপা ভাব মথৌ কল্লি অমসুং শাংনা ইবা ওয়েগী মপাঙল য়াওই। ভারতকী শেল-থুমগী অমসুং বিদেশীশিংগী ইতিহাসকী রা য়াওব অদুগা অতোপ অতোপ্পা হিরম কয়ামুক্কী মরমদা প্রবন্ধ কয়াম্রক্রমসু মহাক ইরম্মী। মথোয়শিং অসি হৌজিক ফাওবা লাইরিক ওইনা থোমজিন্দনা লৈরি।

## কুনগুবা পন্দুপ

# নাটক

লম্নাইগী রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌবগী অভিজ্ঞতা লৈরবা নাট্যপাম্বা কাংবু অমনা সাধারণ রঙ্গমঞ্চ অমা হৌগৎলম্মী। মসি জাতি অসিগী অপাম্বা অমা ঈহৌরকপগী শীংথানবা য়াম্নবা থোইদোকপা তুমিৎ অমা ওইখিরম্মী, মরম অসিদগী অহম্না হৌরকখিবা ইহান হানবা নাট্যকলাগী কাংবু অসিবু নেশনেল থিয়েটর হায়না মমিং থোম্লম্মী। মতমতুদা তং তানা লিংখৎলবা রঙ্গমঞ্চ অমত্তা লৈরমদে অমসুং নাটক পুন্নমক কলকাতাগী য়ুম্নাং কায়না চাউরবা শঙ অমদা নত্রগা মফমতুদা লৈবা কনাগুম্বা মথোক-মওই লৈবা মীওইশিংগা য়ুমগী শুম্যাংদা শাম্নথিরম্মী। দীনবন্ধু মিত্রনা ইবা “নীলদর্পণ” অমসুং অতৈ নাটকশিং য়াম্না মায়পাক্না শাম্নদুনা নেশনেল থিয়েটর (মমৈদা গ্রেট নেশনেল থিয়েটর হায়না কৌখিবা) খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ গী ডিসেম্বর থাদা লিংখৎপা হৌখিরম্মী।

মশাগী তং তাবা রঙ্গমঞ্চ অমা লৈজবা থিয়েটর কাংবুশিংগী মরক্তা বেঙ্গল থিয়েটরনা ইহান হানবনি। নুপীশিংবু অভিনেত্রী ওইননবা নেকথিবা কাংবুগী মতুংদসু মসিনা অহানবনি। মসিগী মমাংদদি নুপানা নুপীগী শকল লাংলম্মী। বেঙ্গল থিয়েটর হৌদোরবগীদমক নহারোল মীওই তরানিপালথক্কা লুপা লীশিং অমমম পুথোররম্মী। মসিগী অশিন-অরাং তৌবা অমসুং সেক্রেটরীসু ওইথিবা মীশক্তি লাইরিক-লাইগু হৈরবা অমসুং রাত্ত-পাদবা শরৎচন্দ্র ঘোষ হায়বসিনি। নেশনেল থিয়েটর হৌদোকপদা শাম্নথিবা দীনবন্ধু মিত্রগী নাটক ফাগী-ফারাংগী ওইবনা অরং-অপানগী ফিজোল চঙখিদে অমসুং রঙ্গমঞ্চবু শেল চঙনা লৈতেংনবগী মরমসু লৈরমদে। তৌইগুমসুং বেঙ্গল থিয়েটরদি পাইকপাড়াগী রাজা মচিন-মনাউগী মরম্নাই রঙ্গমঞ্চদা অপান-অরংনা লৈতেং ওইনবতুগা মতৌদু তম্নম্মী। হায়রিবা লম্নাই রঙ্গমঞ্চসিদা শতাব্দীগী চহী য়াথৈ চল্লকপগী থেংথরকপা মতাংদা “রত্নাবলী” অমসুং “শর্মিষ্ঠা” নাটক য়াম্না নিংথিনা শাম্নথিরম্মী অমসুং মথোয়না “শর্মিষ্ঠা” নাটক শামদুনা হৌরম্মী (খৃষ্টাব্দ ১৮৭৩ গী আগষ্ট থাদা অমসুং মতুংদা “রত্নাবলী” অমসুং দত্ত অমসুং তর্করত্নগী নাটকশিং মথং মথং শাম্নথিরম্মী)।

সাল ১৮৭৪ গী হেক হৌগৎলকপদগী হৌনা সাধারণ রঙ্গমঞ্চনা থাইবগী মমিং চৎলবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংদগী, মরুওইনা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমসুং রমেশচন্দ্র

হজুগী উপন্যাসশিং অমসুং মাইকেল মধুসূদন দত্ত, হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায় অমসুং নবীনচন্দ্র সেনগী কাব্য অমসুং ব্রারীগী শৈরেংশিং, অভিনয় তৌবা য়ানবা ইথোকপ-য়োমদা য়ায়া থরায় য়াওনরম্মী। অদুমকপু থিয়েটরনা থরা হুম্বা থাক্কী নাট্য হৈনজবা মীওইশিংগী অপাম্বদুম্ন থোওইদবদি তৌরমদে। ব্রাথল চঙবা অক্রবা ভাব য়াওবা নাটক্তগীদি মতম মতমদুদা থোকপা হুংনাংনিংঙাই ওইবা থৌদোকশিং অমসুং তোইনা থোক্কদবা ব্রাথোক-লাম্বোক য়াওবা প্রহসন জাৎকী নাট্যশিং অমসুং মায়-মিস্তনা নোক্লিংননবগী অভিনয় তৌদুনা শান্নবা অদুগুম্বা নাটকশিংমুনা হেন্না পায়রম্মী। সাল ১৮৭৫ গী মরায চন্নকপা মতমদা উপেন্দ্রনাথ দাসনা (১৮৪৭ ৯৫) বাংলা রঙ্গমঞ্চদা হৌজিককালগী মেলোড্রামাগী নাট্য হৌদোক্লম্মী। সাল ১৮৫৭ গী আগষ্ট থাদা উপেন্দ্রনাথ দাস গ্রেট নেশনেল থিয়েটরগী পরিচালক ওইরম্মী অমসুং সরকার অমসুং পুলিসনা বাংলা নাট্যশালাবু শাউথিবসি মাগী থৌদৌশিংদগীনি। সাল ১৮৭৫ গী লোইশিল্লকপা মতমদা কলকাতা য়েংবা লাকখিবা প্রিন্স ওফ ব্রেলসনা (তুংদা তরেৎশুবা এডব্বার্ড ওইখিবা) বাঙালী ইমুংগা য়ুম মনুংদা লৈরিবা মওং মতৌশিং য়েংনিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং মশাগী সন্মান ভারিংবা বাঙালী ভদ্রলোক অমত্তনা মীরম মচা অমবু (ভারত সম্রাজ্যগী সম্রাটকী উত্তরাধিকারী ওইরবস্ম) ইমুং-মনুং চুপীনা লৈনবা কাদা পুশিল্লিংলমদে। কাইনথংদা প্রদেশ অসিগী বাঙালী ব্রাহ্মণ, কলকাতা হাইকোর্টতা তমথৎলকপা উকিল ওইবা, অমসুং সরকারগী উকিলগী তেংবাংবা উকিলগী থবক তৌবা অমসুং প্রদেশীক বিধান পরিষদতা সরকারনা হাপ্পা সদস্য ওইরিবা (হায়বদি সরকারগী কর্তৃপক্ষনা শকথঙবা মীশক অমা ওইবা) ভদ্রলোক অসিনা মশাগী ক্ষম চাউথৎনবা হোৎনবদা সরকারনা চানবিনবগীদমক খুদোংচাবা তাঞ্জাসি লোরম্মী। অসুম তৌনা ইমুং-মনুংগী কাশিং যুবরাজনা য়েংলম্মী অমসুং মীরম মচা অমবু অসুম্না বাঙালীগী ইমুংদা ইকাইখুম্নবগা লোইননা চুপী-নহানা লৈবা কাদা পুশিনবগী থৌদৌসি মসিনা অহানবনি।

কলকাতাগী লাইরিক লাইশু হৈরবা সমাজনা শাথিনা নিন্দা তৌরম্মী। হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না প্রদেশকী মীওই অমনা মরৌ তৌদুনা কলকাতাগী মকোক থোংবা সমাজগী মরক তিন্ননবা অসুম্না হোৎনবা অসিবু থীনা করেমদুনা শৈরেং অমা ইরম্মী। সরকারনা চানবিবা মীওই অমা ওইবদগী ভদ্রলোক অসিবু সমাজনা চপচানা ইম্বোকপদি ঙমমদে। তৌইগুবসুং অসুম্না তৌরকনি হায়বা থাজদবা কাঙবু অমনা শীথিবা অকনবা চৈরাক অসিদগী মহাক নাম্বোকপদি ঙমমদে। মাগী শাজৎপু শাথিনা কন্ত্রেম্নবা নাটক অমা গ্রেট নেশনেল থিয়েটরগী রঙ্গমঞ্চদা সাল ১৮৭৬ কী ফেব্রুয়ারীগী

২৯ দা শাল্লরম্মী। খুদক্তা পুলিসনা মসিবু থিংলম্মী তৌইগুদবসুং মসিং গুম্মোক্ত্না মথং মার্চ থাগী তান্ত্রিক ৩ দা নাটক অসি অমুক্তা শাল্লরম্মী। সরকারনা হৌজিক্তি অথুবা মরক্তী হুকুম অমা অমসুং হুকুমসিবু আইনগী চৎনবী বিধি ওইহন্দুনা অথিবা রাহে-রাতানা মীবু চোপহনবা অমসুং ইকাইহনবা, লৈবাক্তী আইনবু শীংনবা অমসুং মচোং-মপাক নাইদবা য়াওবা নাটকশিং রঙ্গমঞ্চদা শাল্লবা থিংবা ঙম্নবগী শক্তি প্রদেশ সরকারদা পীবা তারম্মী। তৌইগুদবসুং পুলিসনা অনৌবা শক্তি অসিবু আইনগী মতুংইন্না চুম্না শিজিন্নখিদে। উপেন্দ্রনাথ দাসকী "স্বরেন্দ্রবিনোদিনী" (বেঙ্গল থিয়েটরদা শাল ১৮৭৫ গী আগষ্ট ১৮ দা অহানবা শাল্লখিবা) নাটক অকাম্বনি হায়দুনা থিংলম্মী (তৌবগীদি অসিগুম্বা মথলগী নাটক্তি নত্তে)। অদুবু মসিগী রায় আপিল তৌবদা কলকাতা হাই কোর্টনা ককথৎলম্মী।

সাধারণ নাট্যশালা হেক হৌরকপদগী হৌনা নাটক ইবদা অমসুং অভিনয় তৌবদা চপমান্নবা মসুংগী পান্দমফম অনীথক য়াওনরম্মী। অনীসিক্কী মসুংদা অমনা মীয়ামদা শিক্ষা পীনিংবগী পান্দমফম ওইরগা রাজনৈতিকা ভাবহায়রফেৎ চঙই। লাইরিক-লাইস্থ হৈন্নবা বাঙালীশিংগী থম্মোয়দা ভারতবর্ষনা মীথা পোনবগা রাথলদগা হৌরকখিবা জাতীয়তা ভাব অসি সাধারণ নাট্যশালানা শাল ১৮৭৩ দা হেক লিংখৎলকপদগী হৌনা শাল্লখিবা নাটক খুদিংদা, রাথল চঙববু ওইরবসু, নোংরিংবগীবু ওইরবসু নত্রগা যাত্রাগী মওংদা পুথোকপদবু ওইরবসু, হেক হেক ফোঙদোক্লম্মী। অতোপ্পা পান্দমফম অমনা মথল-মথেলগী উপায় কয়ামুক শিজিন্নদুনা নাটক যেংলিবা মীশিংবু নুংঙাইহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনি। প্রহসন অমসুং ইয়াং য়াংবা নাটকশিংদা থায়নদগী চৎমরকপশিং কায়দনা (হায়বদি নুংঙাইবনা ইরোইনবা যাত্রা তৌবদোনা) অদুম চথরম্মী। মীয়ামনা নোংমা নোংমগী পায়রক্লিবা ওপেরা অমসুং গীতি নাট্যশিংগী লৈবাকসিগী ওইবা ঈশৈশিং মঞ্চদা শাল্লবা নাটকী অনৌবা শকুম অমা ওইরক্লম্মী। চহীচাসিগী মরিক্তু চল্লকপগী অহৌবদা পৌরাণিক বারীদগী লৌথোক্তুনা ইবা ওপেরাশিং য়াম্না রাথল চঙবা নাটক্তা থুৎশন্ননা শেমগৎলক্তুনা অনৌবা নাটক জাৎ অমা থোক্লকলম্মী। ভক্তি-মূলক ওইবা নাটক্তি হায়না কৌবা য়ারবা অমসুং মনমোহন বসুনা চহীচাসিগী হুন্ফু চল্লকপগী অথেঙবদা ইহান হায়। ইথিবা অসিগুম্বা মথলগী নাটকশিং অসিদা ধর্মগী রাফম অদুম অদুম কনশিল্লকপসিনা যুগ অসিগী লাইপোক রামকৃষ্ণ পরমহংসগী (১৮৩৩-৪৬) অথোইবা ভক্ত ওইথিবা গীরিশচন্দ্র ঘোষনা ইবা নাটকশিংদা অয়োবী থাক য়োথিরম্মী।

নাট্যরীতিগী মায়কৈদা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা অহোংবা অমা খুদিল্লকথিবা হায়ববু খৃষ্টাব্দ ১৮৮১ দা রামকৃষ্ণ রায়না মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মুক্ত ছন্দদা তাংদুনা

চাং মায়না ছন্দ তিন্নদবা শৈরেংগী থুংই হৌদোক্লবা অসিনি। মসিগী থুংইনিদা গীরিশচন্দ্র ঘোষনা মাগী থোইদোক্লা রাখল চঙলবা নাটকশিং থম্না মচু তানা ইরমী। রঙ্গশিল্পগী মায়কৈদদি মথং শতাব্দীগী চহী কুন চঃ কপগী ওন্নিডৈ মতম যৌত্রিকাওবগি থোইদোকপা অনৌবা অমা পুথোক্লমদে। হায়রিবা কমচৎ অসিদা রঙ্গমঞ্চনা পুন্সিগী মশিঙাং ওইবা কাঙবুবু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতিনাট্যশিংগী অভিনয় উৎকৃষ্টবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা অভিনেতাশিং অমসুং পরিচালকশিংনা ওয়মথৈ শোগথকলমী। হরলাল রায়গী হকচিল্লবা রোমান্টিক নাটক "হেমলতা"দা (১৮৭৩) অমসুং "বঙ্গের সুখাবসান" (বঙ্গদেশকী ছুংঙাইবা মতম লোইখিবা ১৮৭৪) হায়বা তরাহুমদোইশুবা শতাব্দীগী অহনবা মতমদা মুসলমানশিংনা বঙ্গদেশপু জয় তৌখিবগী তথ্যায় অমা ঐতিহাসিক ওইবা রাবীগী উপন্যাস অসিদা জাতীয় আন্দোলনগা ইহান হানবা ইঙ্গিৎ য়াওরমী। রায়গী অতৈ নাটকশিংদি মশা॥ অখেংবা মচাক নত্তে, মাগী "রুদ্রপাল" (১৮৭৪) "হেমলেট" তগী লৌথোকপনি, "শত্রুসংহার" (য়েক্লবা হাৎপা, ১৮৭৪) অমসুং "কনকপদ্ম" (সনাগী খম্বাল, ১৮৭৫) সংস্কৃত নাটকশিং মথংশিংনা "বেণীসংহার" অমসুং "শকুন্তলা" দগী লৌথোকপনি। নাটক মঙাসিমক ফজনা অভিনয় তৌদ্রনা শাল্লখিরমী। মখোয়সিগী মচুংদা "হেমলতা" না খ্যাইদগী হেন্না মীয়াম্না পায়খি। হরলাল রায় কলকাতাদা সরকারগী স্কুল অমগী ওঝা ওইরমী।

জ্যোতিরিন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৪৮-১৯২৫) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অমনি; মহাক কুমচৎ মতমদুগী হিরম খুদিংদা মীথোই-মীহেল্লবা মীশক অমা ওইরমী। মহাক বেহালা পীয়ানো নিংথিনা থোংবা হৈরমী, ফটৈশ লেংলম্মী, লাই-য়েকপা হৈরমী অমসুং গন্ত থুংইদা ফজনা ইবা ঙম্নমী। মহাক মীওই-মীতৌ ফজবা মীনি অমসুং লন্নাই রঙ্গমঞ্চদা মায়পাক্লা অভিনয় তৌরমী। অঙাং ওইরিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মশাগী পীথোরকপা সাহিত্য অমসুং কলাগী প্রতিভাবু মওং তানা চৎথরক্লবা মতিকচাবা থৌদাং লৌখিবা জ্যোতিরিন্দ্রনি। মযাম্বা অহনসিগা লন্নাই নাট্যশালাগা মরী লৈনরকপসি ঠাকুর ইমুংগী নহারোলশিং থরনা জোড়াসাঁকো থিয়েটর লিংখৎ-লকপগী ওন্নিডৈ মতমদগীনি। জ্যোতিরিন্দ্রগী অহানবা নাটক্তি কেশবচন্দ্র সেন্না লুচিংবা ব্রাহ্ম-কাঙবু থরনা ফরিবনি হায়না চৎনরিবা সমাজগী চৎনবীশিং অদুবু করেয়ছুনা ইবা অঙ্ক অমগী প্রহসন "কিঞ্চিৎ জলযোগ" (অচঙ্গা অচা-অথক ১৮৭২) হায়বা অসিনি। লায়না ইরবা নাটকসিদা য়াওরিবা ইচম চখা ভীং শোক্লবা য়াঙাংশিং তাবদা য়াম্না নুংঙাই। মসি সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা মায়পাকপগা লোইননা শাল্লখিরমী (১৮৭২-৭৫)।

"হিন্দু মেলা" হায়বা মথল অমগী জাতিগী ওইবা ইহান হানবা মীফমদু দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, মাগী মচাশিং অমসুং মরুপ-মপাংশিংনা শীন্নাংবদগী ফমথিবনি অমসুং মসিগী মীফমসি ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী হৌরকফম মরনি। মজাতিগী মীশিংনা মহর্ষি (অচৌবা ঋষি) হায়বা মিঙ্গোনা ইকাইখুম্নথিবা দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লুচিংবা ঠাকুর ইমুংগী মীশিং লুতোং ফাওনা মজাতিবু মুংশিজবা কাওবুনি অমসুং মথোয়না জাতীয়তা-বাদী ওইবা খবর কাগজশিংবু অমসুং জাতিগী হৌথিবা আন্দোলনশিং পূম্নমকপু শৌগৎলম্মী। দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মচাশিং অমসুং মরুপ-মপাংশিংনা অহানবা জাতিবু মুংশিবগী ঊশে অমসুং লাইশোনশিং ইরম্মী। জ্যোতিরিন্দ্রনাথকা অহানবা হাথল চঙবা নাটক "পুরু বিক্রম" (১) (পুরু গী মথৌনা, ১৮৭৪) হৌরক্লিবা জাতীয়তাবাদকী ঊহৌবু ইহান হানবা ফোঙদোকথিবা লাইবিক্নি। পুরু নত্রগা গ্রীকশিংনা পোরস হায়না কৌনবা, মীথা পোল্লবস্ব হনবা নাইরোইদোবা ভারতকী আত্মাগী চপচাবা প্রতিমূর্তিনি অমসুং আলেকজেণ্ডরনা বৃটিশশিংগী অচাবা প্রতিরূপনি। নাটকসি পংফ ফজনা ইবা নত্তে অতুবু রঙ্গমঞ্চদা উৎথিবশিংগী মতুংদদি ফজবমা ওইরম্মী।

মহাক্কী মথংগী নাটক "সরোজিনী" (১৮৭৫) মপাবু মুংশিবগা অমসুং মতুদগী হেন্নবা মরৈবাকপু মুংশিবগী মতুংশিগা অনীগী যেৎনব্রিবদু উত্তনা ইবা অরাবা থৌদৌনা লোইশিনবা নাটক্নি। বারী যাম্না ফজৈ অমসুং মাইকেল মধুসূদন দত্তগী "কৃষ্ণকুমারী" গী অমসুং য়ুরিপিডিসকী *Iphigeneia in Aulis* (য়েনাননা ফরাসী লোন্দা অনুবাদ তৌবা নাটক) প্রভাব ফজনা চঙই। মসি জ্যোতিরিন্দ্রনাথনা ইথিবশিংগী মতুংদা থ,াইদগী মায়পাকপগা লোইননা অভিনয় তৌদুনা শান্নথিবা অমসুং মীয়ামনা মতম শাংনা পান্নথিবা নাটক্নি। মসি যাত্রাগী মওংদা মশীং ফনা য়াম্না ওস্থোক্লগা লৈবাক অসিগী মফম কয়ামরুমদা শান্নথিরম্মী। মথংগী প্রহসন "এমন কর্ম আর করব না" (অসিগুম্বা থবক ঐহাক অমুক তৌররোই, ১৮৭৭) লম্নাই অমসুং মীয়ামগী রঙ্গমঞ্চদা ফনা ফজনা শান্নথিরম্মী। মসিগী মমিং মমৈদা "অলীক বাবু" (তৌশিন্নবা বাবু, (১৯০০) হায়না ওস্থোকথিরম্মী। মসি বাংলা লোন্দা ইবা থ,াইদগী ফজবা প্রহসনশিংগী মতুংদা অমনি অমসুং মসিদা করেম-কথাইনবা অমসুং লৈবাকমচা তাদবা অমত্তা য়াওদে।

মাগী অহমগুবা অমসুং হকচিন্না ইবা নাটক "অশ্রুমতী" দা (১৮৭৯) ইমুং-মচুং গী পাওথোকফম থোকপা মথৌবু মুংশিবগা মরৈবাকপু মুংশিবগা নাকশাক তানবগী

---

(১) মসি গুজরাটি লোন্দা অনুবাদ তৌর্ত্রে

মতৌবু উৎনি। মসিগী রারী রাজপুত ইতিহাসতগী লৌখোকপনি। চিতোরগী প্রতাপসিংহনা মোগল নিংথৌরেন আকবরগা লোক্নখিবা লায়না রারীগী ফুকম ওই অহুগা বিরহনা প্রতাপকী মচাহন্বীনা আকবরগী মচাহনাবু হৃৎশিন্নকপগী মতাংনি। "অশ্রুমতী" থোইদোক্না মাংলাক্না শান্নখি। জ্যোতিরিন্দ্রনাথ মখংদা পুথোকখিবসি অতেনবা গীতি-নাট্য "মানময়ী" ( ১৮৮০ ) হায়বা তুংদা "পুনর্বসন্ত" ( ১৮৮৯ ) হায়না মমিং ওন্থোকখিবা নাটক অসিনি, অসিগী তেনবা রারী *A Mid Summer Night's Dream* দগী মচেৎ থবা লৌখোকপনি।

মাগী মরীতবা অমসুং ইকোই লোইবা মশামকী ওইবা অমসুং হকচিন্না ইবা নাটক্তি "স্বপ্নময়ী" নি ( ১৮৮২ )। মসিগী রারী তরাততরেৎশুবা শতাব্দীগী অথেঙবা মতাংগী ঐতিহাসিক ঘটনা অমদগী লৌখোকপনি। খা-নোংচুপ বাংলাগী শোভাসিংহ অমসুং রহিম খান অনীনা মীচং চুংশিন্নহন্দুনা মোগল শক্তিগী মায়োক্তা লান হৌরম্মী। মখোয়না অরাং পাংবরোমদা লাক্লুনা বর্ধমান্দা লান্দারম্মী অমসুং নিংথৌ কৃষ্ণরাম রায়বু অঙাং ওলহল্লম্মী। শোভাসিংহনা কোয়ুংদু লৌশিল্লম্মী অমসুং নিংথৌ মচাক্নুপী সত্যবতীবু লানফা ওইনা ফাদুনা থম্মী। মহাক্না দুপীমচাদুবু অত্যাচার তৌগে হোৎন বদা দুপীমচাদুনা মাবু অঙাং ওলহল্লম্লগা মশামক মথরায় থাখিরম্মী। মসিগী রারীসিদগী ঘটনাশিং শেমগৎখিবনি। নাটকসি ঐতিহাসিক্কি হায়বা য়াদে মরমদি ইতিহাসকী মচাকশিং শেমজিন-শাজিনবশিংনা নমহৎলম্মী। রারী শাগৎলকপদা অমসুং থুংইগী রীতিদা "স্বপ্নময়ী" হায়গা নাটক অহমদুদগী পুমতোং তোংঙাল্লি। চরিত্র শেমদা মরেকলাবা হেল্লি অমসুং ঊশৈগী শগ্নক্না মপুং ওই। মায়কৈ অসোমদগী অমসুং ঘটনাশিং শেমজিন-শাজিল্লকপা মতৌশিং অসিদগী য়েংলুরবদি নাটক অসিদা লেখকী ইতোন তোনবা মনাউ রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী প্রভাব চঙই হায়না ইরাই লায়না লৌবা য়াই। নাটকসিদা য়াওরিবা শৈরেংগী পরেংশিং অমসুং ফাগী-ফারাংগী দৃশ্যশিং থন্না য়াওরিবশিং অসি অকোনবগী মীশকসিগী কলমদগী লৌথোরকপনি। "স্বপ্নময়ী" গী মতুংদা ইরকপা জ্যোতিরিন্দ্রনাথকী মশাগী নাটকশিংদি "হিতে বিপরীত" ( ১৮৯৬ ) হায়বা প্রহসন অসিগা ঊশৈগী নাটক মচা অনীথক্কনি ( ১৯০০ )। মহাক মশাগী মপুকথোক্কী থুংইশিংদগীদি অনুবাদ তৌবনা হেন্না মশীং য়াম্লম্মী। ইনৌ নৌনা ফংলকপা অমকী সংস্কৃত নাটক অনীগা থারগা মহাক্না সংস্কৃতলোনগী মকওইবা অয়াম্বা নাটক পুম্নমক অমসুং ইংরেজীগী নাটক অনীগা বাংলা লোন্দা অনুবাদ তৌরম্মী ( ১৮৯৯-১৯০৪ )। ইংরেজীগী অনুবাদ তৌখিবশিংগী মরক্তা সেক্সপীয়ারগী "জুলিয়স সীজর" ( ১৯০৭ ) য়াওই। মোলিয়েরগী ফরাসী লোনগী নাটক্কী *Le Bourgeois*

*Gentilhomme* ( হঠাৎ নবাব থুরকা ওইবা নবাব, ১৮৮৪, হায়না কৌহুনা ) অমসুং *Le Mariage Force* ( লুহোংলি হায়বা নকাহুনা হাইনবা ) "দায়ে পড়ে দারগ্রহ", ১৯০২ হায়না মমিং থোন্দুনা বাংলাদা অনুবাদ তৌরম্মী।

মহাক্না ইরম্বা গদ্য লাইরিকশিংগী মচংদা নিবন্ধ। লাইরিক কয়ামরুম য়াওই; মথোয়সি অয়াম্বনা ফরাসী লোন্দগী, খরা অমনা ইংরেজীদগী অদুগা মশীং পংয়াম য়ামদবা খরনা মারাঠীদগী অনুবাদ তৌবনি। মহাক্না বাংলা সাহিত্য পাবশিংদা ফরাসী সাহিত্তাগী অচৌবা সাহিত্যকশিং, থুদম ওইনা, মোপাসঁা, মেরিমে, গোতিয়ে, লোতি অমসুং অতোপ্পা কয়ামুকপু শক তাকখিরম্মী।

গ্রেট নেশনেল থিয়েটরগী ( ১৮৭৫-৭৬ ) অভিনেতা অমসুং পরিচালক অমসুং করেম কথাইনবা থুংইগী নাটক লেংবা উপেন্দ্রনাথ দাসনা অশেংবা "মেলোড্রামা" বাংলা নাট্যদা হৌদোকম্মী। মহাক্না ইবা করেম-কথাইনবগী নাটকশিং অসিদগীনি সাল ১৮৭৬ কী ডিসেম্বর থাদা *Dramatic Performance Control Act* কৌবা শাসনবিধিগী আইন চংনহনখিবা। মহাক্না ইবা "শরৎ-সরোজিনী" ( ১৮৭৪ ) অমসুং 'সুরেন্দ্র বিনোদিনী" ( ১৮৭৫ ) কৌবা নাটক অনীসিদা য়াওরিবা মরৈবাক হুংশিবা অমসুং রোমাঞ্চনা লৈতেংলবা রারীনা অকি-তুজুংলবা ঈহৌ অমা থম্মোয়দা হৌহল্লি। "সুরেন্দ্র বিনোদিনী" গী রারী তশেংনা থোকখিবা থৌদোকী মতাং থরদগী লৌথোকপনি। হায়রিবা নাটক অনীসিমক মরুওইনা, "সুরেন্দ্র-বিনোদিনী", রঙ্গমঞ্চদা য়াম্না ফজনা অভিনয় তৌহুনা শাম্নখি। মহাক্কী অতোপ্পা নাটক "দাদা ও আমি" ( ইয়াম্বা অমসুং ঐ, ১৮৮৭ ) ইংরেজী নাটক *Brother Bill and I* হায়বতুদগী লৌথোক্লুনা মহাক্না ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা ইখিবনি। উপেন্দ্রনাথ দাসনা সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা অনৌবা হৈনিংবগী ঈহৌ অমা পোকহনম্মী।

রাজকৃষ্ণ রায় ( ১৮৫২ ৯৪ ) রারেং অমসুং শৈরেং ইবদা, থোইদোরা অকোনবগী থুংইসিদা থাইগা ইমান য়াম্নদবা থুংলোইনা ইবা ংংই অমা মশাদা য়াওরম্মী। মহাক মশাগী পীথোকচরকপা প্রতিভা লৈবা মীনি তৌইগুমসুং মতু চর্চা তৌননবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। মহাক স্কুল কাহুনা লাইরিক তম্মদে অমসুং য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক ইবনা হিংবা ভবগী লোম্দমক্কম থজবা মতমতু কাওবদা মহাক হিংনবগীদমক ইতুনা লেনবা তারম্মী। রায়না রূপামচাশিংতনা রূপীগী শরুম লাংহুনা নাট্য শান্নবা নাট্যশালা অমা লিংখৎলম্মী। মাগী অমাম্বা নাটকশিং মরাই নাট্যশালা অলিন্দমক ইরম্বনি। রায়গী হকচিল্লা ইরম্বা নাটকশিংগী ত্রিশয় পুরুমক

পুরাণগী ভক্তিগী ৱারীশিংদগী লৌথোক্তুনা ইবা ওাক্তনি। অস্তম তৌনা সাধারণ নাট্যশালাদা মীয়াম্না পাম্নবা যাত্রাগী রস থম্না য়াওহনখিবদা মহাক থোদাং থম্নদি য়াম্মী।

ৱায়না অহানবা হৌগৎলকপদা ইখিবসি অতেনবা গীতি নাট্য অনীনি, মথোয়ত্তদি, "পতিব্রতা" (মপুরোইবা নিংবী, ১৮৭৫) কৌবা সাবিত্রী সত্যবানগী ৱারীদগী লৌথোকপা অতয়গা "নাট্য সম্ভব" (নাট্যগী হৌরকফম, ১৮৭৬) কৌবা ভরত মুনিনা অহানবা নাট্যরূপ শেমগৎলকপগী ৱারীত্তগা অনীসিনি। সিগী তুংদা ইখিবা ৱাখল চঙবা নাটকশিং পুম্নমক পুরাণ ৱারীশিংদা তাংত্তুনা ইবা ওাক্তনি; মথোয়সিগী ময়ুংদা মরী অমদি রামায়ণদগী লৌথোকপনি। অতোপ্পা অনী অমনা ইতিহাসকী থোদোক্তগী লৌথোকপনি। নাটকশিং অসি বেঙ্গল থিয়েটর অমসুং অতৈ অতৈ নাট্যশালাশিংনা য়াম্না মায়পাকপগা লোইননা শান্নখিরম্মী। "প্রহ্লাদ চরিত" (প্রহ্লাদগী পুন্সিগী ৱারী) কৌবা নাটক অয়েংবা মীগী মশিংদা হান্না নাট্য য়েংনবা চাংদগী পুমহেন হেল্লম্মী। ময়ামসি নত্তবা ইচম চম্বা প্রহসন কয়া অমসু রায়না ইরম্মী। চয়োল অমফাওবা ফাদবা মতম ইচঙ চঙদনা ইখিবা "হরধনুভঙ্গ" (শিবগী লীরুং থুদেকপা, ১৮৮১) নাটক্তা ৱাজকৃষ্ণ রায়না চাং য়াম্নদবা মুক্ত পয়ার ছন্দদা ইবগী রীতি হৌদোক্লম্মী অমসুং মসিগী থুৎইসি গিরিশচন্দ্র ঘোষনা ইকুই কুইদনা শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা ফজবা মওংদা মপুং ফাহল্লম্মী। রাজকৃষ্ণ রায়না ফরাসী অমসুং উর্দুদগী লৌথোক্তুনা ইবা রোমান্টিক ৱারীগী নাট্যশিং মীয়াম্মু পাম্নহল্লম্মী।

রাজকৃষ্ণ রায় শৈরেং ইবদা চোকথবা লৈরমদে। রামায়ণ অমসুং মহাভারত্তগী অনুবাদ তৌখিবশিং থাদনা মহাক্না ইখিবা শৈরেংগী লাইরিকশিংগী মশিং কুন্দগী হেল্লি। থা-থাদা ফোঙবা শৈরেংগী পত্রিকা "বীণা" কৌবা (১৮৮৫) অমা মহাক্না শীল্লাংদুনা চহী থম্না ফোঙলম্মী। উপন্যাস অনীগা গদ্য অমসুং পদ্যদা ইবা ৱারী থরম্ন ইরম্মী। রায় কল্পনাগী শক্তি লৈজবা মীনি তৌইগুরবসুং মসিগী প্রতিভা অসি উৎননবগী থুদোংচাবা ফংখিদে।

বাংলাদেশকী নাট্যকার অমসুং অভিনেতাশিংগী ময়ুংদা থোইদোক্লা মমিং চৎলবা গিরিশচন্দ্র ঘোষ (১৮৪৪-১৯১১) খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ ডিসেম্বর থাদা লিংথৎখিবা সাধারণ নাট্যশালাগা হেক হৌরকপদগী হৌনা ইরোইতা লোইনদুনা হৌরক্লম্মী অমসুং অত্তমদুদা লৈরবা নাট্যশালা খুদিংমক্তা মহাক্তা মরী লৈনরম্মী। অফাওবা অভিনেতা অমা ওইরবগী তুংদা নাট্যশালাগী অরাপ-অপাশিং উরদুনা মহাক্না বঙ্কিমচন্দ্রগী

উপন্যাসশিং অমসুং মাইকেল মধুসূদন দত্তগী অমসুং অতৈ কবিশিংগী কাব্যশিংবু নাট্যগী মওংদা ইথোক্লম্মী ( ১৮৭৩-৭৫ )। সাল ১৮৭৭ তা অতেনবা ওপেরাশিং অমসুং ঈশৈনা ম ৃং ওইবা নাটকশিং ইবা হৌরম্মী। অরুবা নাটক ইবা হৌথিবনা মাগী মৌলিক নাটক "আনন্দ রহো" ( হুংঙাইবো ) হায়বা মশানা ঐতিহাসিক নাটক্কি হায়জবা অসি ইথিবা মতম খৃষ্টাব্দ ১৮৮১ অসিদগীনি। তৌইগুবস্ত "আনন্দ রহো" ঐতিহাসিক নাটক নত্তে অদুগা পংফ ফজবা নাটকস্থ নত্তে। সিগা মতুংদা ঘোষনা পৌরাণিক রারীদগী লৌথোক্ত্না ভক্তিনা মপুং ওইবা নাটকশিং পায়খৎলম্মী অমসুং "রাবণবধ" ( রাবণ হাৎপা ) চহীসিমক্তদা ইরম্মী। মহাপুরষশিং অমসুং অবতারশিংগী পুন্সি রারী অমসুং মথোয়না পাঙথোকখিবা থৌদোশিং লৌথক্ত্না ইবা মাগী নাটকশিংদা ( ১৮৮-৮৯ ) ভক্তি অমসুং ধর্মগী ভাবনা হেনমনখিবনা নাট্যরস মাঙথিরম্মী; হায়রিবা নাটকশিং অসিগী মরক্তা থ্বাইদগী ফজবদি "বুদ্ধদেব চরিত" ( বুদ্ধগী পুন্সি রারী, ১৮৮৫ ) -য়বসিনি। মসিগী নাটকসি এডুইন আরনোলডগী *Light of Asia* হায়বা লাইরিক্তদগী লৌথোক্ত্না ইবনি। মথংদা অরাবা থৌদোনা লোইশিনবা ইমুং-মনুংগী অমসুং পৌরাণিক রারীগী নাটকশিং ইরম্মী। অযাম্বা মীগী রাথন্দা মথোযসিগী মনুংদা "প্রফুল্ল" ( ১৮০০ ) নাটরা থ্বাইদগী ইহেন হেন্নি হায়না খাজনৈ। যাওরিবা য়ুম্বান পুন্সিগী অরাবা অমসুং কপ্পিংবগী মচাক চাং হেনমনবনা নাটক অসিগী অশোয়বা শরুক্নি। ঘোষনা অকোনবদা ইরকপা নাটকশিংদা ( ১৯০৫-১১ ) মতমদুগী স্বদেশী আন্দোলনগী প্রতিধ্বনীনা মমালৈবাকপু ঙংশিবগী ঈহৌবু শাফু কনহি। মসিদা তাক্লিবদি মৈহৌরবা অশাউবগী থৌদোনা লমন থুম্নবগী রা নত্তে, থায়নগা তমজনক্তম ওইরবা ঙাকপীহৈবা আদর্শবু লৌদুনা ঙাকপীবগী রানি: বিবেকানন্দগী প্রভাব নাটকসিদা য়াওই হায়বসি মসিনা তাকই।

ঘোষ চোকথবা নাইত্রবা লেখক অমনি। মশামক্লা অভিনয় অমসুং পরিচালনা তৌদুনা শেমগৎপ্রবা মহাক্না ইবা নাটক মরীফুরোম রঙ্গমঞ্চদা থোইদোক্না মায়পাকপগা লোইননা শান্নথি। নাট্য য়েংবশিংনা করি পাম্বগে হাযবা মহাক ফজনা খঙলম্মী। তয়াং তশোইবা করেম-কথাইনবগী রশকা মফম চানা হাপ্না অচাবা ঈশৈশিংগা য়ানশিন্নদুনা শেম্বা নাট্যগী মচাক্তা ভাবপ্রবণতাগী ঈহৌ পোকহন্দুনা রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌদুনা পুথোকপা নাটক সাধারণ অয়েংবশিংনা পাম্নরম্মী। ঘোষকী নাটকশিং অয়েংবশিংনা পাম্বা রশগা চানরম্মী অমসুং অয়েংবশিংগী মপুন্নিংদা য়ানিংলোইদোবা অমত্তা মথোয়দ য়াওরমদে। মতাংসিদা কাউরোইদৌবদি মাগী নাটকশিং ইথিবসি হিন্দু ধর্মগী মতমদুগী ও ক্রিবা অনৌবা য়াওনবু লাইরিক-লাইশু হৈবা সমাজগী অয়াম্বা মীওইশিংনা হরাওনা পায়রকপা তাঞ্জাদনি।

ঘোবকী সামাজিক নাটকশিংদা ইন্নিবসি কলকাতা সমাজগী ময়ায় থোকপা কাঙলুপকী মতুংদা হৰবা থাক্তা লৈরিবশিংগী পুক্নিগী মরমদনি। তৌইগুবসু মহাক্না পান্নখৎলিবদি অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মপাম্বোংগী পুক্নিগী শক্তম অতুতনি; মতুংদা লোৎলিবা অশেংবা মী অতবুদি শোকপা ওয়মদে অমসুং অন্নাবা মতাংনা লোইশিনবা নাটকশিং মেলোড্রামা ওইহনা অতুম লৈহোরে। ময়ায় চনবদা হিংলিবা কাঙবুগী মুখান পুক্নিদা চং চং হেক থেঙনরিবা সমস্যাশিং অমসুং মথোয়গী মশাদা য়াওরিবা মী অমগী হোনবী মসি তৌবা য়াই য়াদে হায়বগী অমসুং অপাম-পামদগী মরম্নাই রাখল মঙোম্দা ফাওরমদে। মথোয়না লৈরুরিবা টিকেটশিং অতুগী মমলগী অচাবা নাটক্কি হায়না থনবা অয়েংবা মীশিং অতুগী মপুন্নিং থুংননবগীদমক অতম্না ঘোষনা নাট্যশালাগী নাটক ইরম্মী। মসোমদগী য়েংলুরবদি ঘোষকী নাটক মতম পূম্বদা মহৈ য়ানথি হায়বা য়াই।

অমৃতলাল বসু ( ১৮৫৩-১৯২৯ ) সাধারণ নাট্যশালা হেক লিংখৎলকপদগী হোনা অয়োইবা ফাওবদা শম্নখিবা অতোপ্পা নাট্যকার অমনি তৌবগীদি মাগী বুদ্ধি লৌশিং অতৈ নাট্যকারশিংগা মান্নরমদে। বসু নাটক ইবদসু হরাও-তয়াম্বগী রাতা মইবা অমসুং শক্তম লাংবদসু অতুগুম্বা শক্তমদা মরাংখিবা মীশক্তি। মাগী পুন্নিংদা নাটক্কী হৈনিংবগী ঊহন ফাওহনখিবসি জ্যোতিরিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী প্রহসনশিংননি তৌইগুবসুং ইন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায়গী গদ্য অমসুং পদ্যদা ইবা ফাগী-ফারাংগী অমসুং করেম-কথাইনবগী প্রভাব মঙোম্দা ফাওখিদবা নত্তে। চাউরাক্না হায়বা তারবদা অমৃতলাল বসুনা সাধারণ নাট্যশালাদা নোক্নিংনবগী অভিনয় তৌবদা হেন্না ফজননবা অমসুং য়েংবদা হুংভাইননবা নিংথিনা পরিচালনা তৌননবগী মতেং য়াম্না পাংলম্মী। মাগী প্রহসন অমা অনীদি মোলিয়েরগী হুংভাইবা থোদোনা লোইশিনবা নাটকশিংনা মুক্তম ওইহনা ইবনি, খুদম ওইনা, "কৃপনের ধন" ( অরিকপগী মরল, ১৯০০ ) হায়বসি *Laware* নাটক্কা মুক্তম ওইরগা ইবনি। "চোরের উপর বাটপাড়ি" ( মপোৎ হুপ্রবা হুরানবা, ১৮৭৬ ) বোকাচ্চিয়োগী রারী অমদগী লৌথোকপনি। মথোয়শিং অসিগী মতুংদা ইরকপা নাটকশিং মতম মতমগী থোদোক-রাথোকশিং লৌশিন্দুনা ইবা ভাক্তনি। অতুমকপু মাগী ফজরবা প্রহসনশিংদা সমাজগী মফংদা অমগা অমগা চাং মান্নদবা অমসুং থঙনা থঙনা অরানবা তৌবা অমসুং মী মীগী থেম্নরিবা মরম্নাই রাথল অশিনচিংববু শীংনহনা ইরম্মী। অসিগুম্বা প্রহসনশিং অসিগী মতুংদা থোইদোক্না শীংথাবা য়াবদি "বিবাহ বিভ্রাট" ( চয়রূরবা লুহোংবা, ১৮৮৪ ) হায়বসিনি। মসিদা লাইখিক-লাইত্ত থজিক্তা মতম্বা পাথং লৈশাবীশিংনা অখণ্ড-অহৈ শান্নবা য়াম্না লোক্নিংবা মঙম্না হোৎনরিবশিং

মমেক লানা য়েক্কনা তাকই। খুৎমেক অসিগী মনমদা করি য়াওরিবগে হায়বদুসু অমুক তাকই ; লুহোংবগী মতম চপচাযবা ইংলণ্ডগী চৎলকপদা মঙাইরিবা মচাক্লাদুগী মপানা মরোল অমা কন্যাগী মপাদগী অউনপোৎ চাউনা লৌনবগী হোৎনরিবা মহোৎনা তুকুংনিংঙাই ওইবা মচুদা য়েক্কনা উহল্লি।

অমৃতলাল বসু রোমান্টিক নাটক কয়ামরুম ইরম্মী। মখোয়সিগী মসুংদা ইহান হানবদি "হীরকচুর্ণ" (হীরা মকুপ, ১৮৭৫) নাটক্নি। মতমদুদা বডোদাদা পাংথা গাইকোরারনা ইংরেজ রেসিডেন্ট অফিসার হাৎননবা মুগী পাত্রদা হীরা মকুপ হাপচিল্লম্মী হায়বগী চিন্নোক অসিনা নাটকসিগী রারীনি। মমৈদা বসুনা ইথিবসি অয়াম্বনা রোমান্টিক নাটরিদি হায়রগা নোঙ্গিংনবগী রসনা মপুং ওই। মখোয়সিগী মসুংদা "খাসদখল" (হকথেংননা খুৎ চনশিনব, ১৯১১) অমসুং "নব যৌবন" (মথোন কারকপা পাথং, ১৯১৩) পনবা যাই।

গিরিশচন্দ্র॥ নাটকশিংগী য়াম্না লুনা ইবা খুৎই অতুঙম অমৃতলাল বসুগীদা ইরমদে। বসু তাকপী-তিকপীবা গুরু নত্তে, মহাক্না হোৎনরিবদি অরেংবশিংনা নুংঙাইনবগীদমক্তি ; অতুমকপু মাগী হরাউ-তয়াম্বা নাটকশিং অসিদা য়াওরিবা নৈতিক জ্ঞান ইক্ষ ফজদবদি নত্তে।

গিরিশচন্দ্র ঘোষ অমসুং অমৃতলাল বসুগী মিংচৎনা মচিন তুমথৎলকপা মতাংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মশাগী ইমুংগী মরন্নাই লিংথৎচবা রঙ্গমঞ্চগী গীতি নাট্য অমসুং রাথল চঙবা নাটক ইবা অমসুং মশামক অভিনেতা ওইনা থোক্লক্লম্মী। মসুংগী মচাক্তা অমসুং রঙ্গমঞ্চদা শাম্নরকপদা ঠাকুরগী নাটকশিংনা মতমদু ফাওবদা পুথোক্লকপা নাটক পুম্নমক্কগী পুমহেন হেল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং "রাজা ও রাণী" (১০৮৯) নত্তনা ঠাকুরগী নাটকশিং অমত্তা সাধারণ নাট্যশালাদা ফনা কুইরবা ফাওবা শাম্নখিদে। "রাজা ও রাণী" রঙ্গমঞ্চদা য়াম্না নিংথিনা অভিনয় তৌদুনা শাম্নখিদি হায়ববু ময়াম্না থাজনখিবদৌনা নাটকসিবু অকয়বা মীওইশিং থয়তনা পাম্নখিরম্মী। "রাজা ও রাণী" শাম্নরকপদা কলকাতাদা মঞ্চ-শিল্পগী থোঙথাং থুম্মাং চাউশিল্লক্লে হায়বসি তাকই। তৌইগুম্বসুং মসিগী কলা-ফল মতম শা'না লৈরমদে, মরমদি ঠাকুরগী নাটকশিং "রাজা ও রাণী" শাম্নরবগী মতুং চহী কুনমঙারোমদি বাংলাগী সাধারণ নাট্যশালাগা শম্নদনা লৈরম্মী। অমৃতলাল বসুনা মাগী কাব্যগী লাইরিক "অমৃত মদিরা" গী (অমৃতগী মু, ১৯০৩) কবিতা অমদা মতমদুগী অথোইবা অভিনেতা থরদা ঠাকুরগী অভিনয়গী প্রভাব য়াওরিবদুবু শীংথারম্মী।

ডি; এল, রায় হায়না খ্‌ৎইনা খঙনবা দ্বিজেন্দ্রলাল রায় (১০৬৩-১৯১৪) সরকারগী শাসন বিভাগকী অচৌবা কর্মচারী ওইরম্মী অমসুং লৌউ-শিংউবগী মরমদা তম্মুনবা ইংলণ্ডদা মাবু থারম্মী। নাট্যকার ওইনা ইবদা মহাক অমৃতলাল বসুগী খুৎই লৌরম্মী। মাগী ইহান হানবা নাটক্কি "কল্কি অবতার" (১৮৯৫) হায়না প্রহসন অসিনি। মসি নাউঙুম ঈশৈ মথল অমা ওইনা মুক্ত ছন্দদা ইরম্মী অমসুং নোঙ্গিংবগী রস চেনবা ঈশৈশিং চাপ্লম্মী। মসিগী রচনা রীতি অমসুং মচাক মাগী মমৈদা ইরকপা প্রহসনশিংদা অযেংবশিংগী মুংঙাইনবগীদমক হেক হেক শিজিন্নরম্মী অমসুং মাগী সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী মরুওইবা থাদোক্লবা য়াগ্রবা মচাক ওইখিরম্মী। মাগী ৱাখল চঙবা নাটক অনীথক্তি রামায়ণগী ৱারীদগী অদুগা অমখল্লা মহাভারতগী লৌথোক্লম্মী। (মহাভারতগী লৌথোকপা •াটক্কী মমিং "ভীষ্ম" কৌই, ফোঙবনা মশা লৈখিদ্রবা মতুং ১৯১৩ দনি)। রামায়ণদগী লৌথোকপশিংদি "পাষা নী" (মুংবংনরবী মুপী, ১৯০০) অমসুং "সীতা", (১৯০২) কৌবা শৈরেংদা ইবা অনীসিনি। অহানবগীসিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খুৎইগী মওংদা মুক্ত পযারদা ইরম্মী। মসিগী নাটকসি ইন্দ্রনা অহল্যাবু হুত্নুনা পুথিবগী ৱারী হৌজিক্কী মতমগী পরিবেশকা চানহন্দুনা ইবনি হায়বা য়াই। চরিত্র চিত্রণদা গিরিশচন্দ্রগী প্রভাব ফজনা চঙই। ঈশৈশিংনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতৌ তম্মী। 'সীতা" মিত্রাক্ষর কবিত ।খুৎইদা ইবা রায়গী খ্‌ৎইদগী ফজবা নাটক্নি।

"তারাবাই" (১৯০৩) অমসুং "সোরাব রুস্তম" (১৯০৮) নাটক কৌববুদি মেলো ড্রামাটিক কাব্য কৌবনা হেন্না চুশিন্নি। অহানবা নাটকসিগী ৱারী রাজপুত ইতিহাসতগী লৌথোকপনি। নাটক অনীমক্তা, থোইদোক্লা অকোনবগীসিদা ঈশৈনা মশুং ওই। "সোরাব রুস্তম"দা ইরিবা মুক্ত ছন্দগী শৈরেংশিং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী প্রভাব চঙই হায়বা ইরাই লাইনা তাকই। নাটক্কী ৱারীদা মপান লৈবাকশিংগী পরিবেশ চাং নাইনা থম্নবা থোইনা থোইজংনা হোৎনরমদে।

মতুং কাইনথংদা ইরকপা ডি, এল, রায়গী নাটকশিং গদ্যদা ই অমসুং ৱারীনা রাজপুত ইতিহাসতগী লৌবা ঙাক্তনি। উপেন্দ্রনাথ দাসকী খ্‌ৎইনা পাম্ববা নাটক অনীগী প্রভাব নাটকশিং তসিদা য়াওই হায়বসি শোয়দ্রবা ৱানি। য়াওরিবা ঈশৈ থরগী স্বর নাট্যকার মশামক্তা (সঙ্গীত বিদ্যাগী পীথোরকপা তম্বা থোক্ত্‌বা মগুন চেনবা লেখক্তি) য়ুরোপকী ঈশৈগী স্বরদগী লৌতুনা শেম্মী অমসুং মসিমক্তা নাটকশিং অসি মীয়াম্না থোইদোক্লা পাম্নবগা লোইননা ৱজমঙ্গদা মতম শাংনা মায়পাকপগা লোয়ননা

অভিনয় তৌদুনা শায়থিরম্মী। পুক্নিংদা অকনবা ইরাং পোকহনবা লৈবাক নিংবগী ভাবনা অর্ধ ঐতিহাসিক নাটকশিং অসিগী মপৃং ওইবা ঈচেম্নি। "সাজাহান" (১৯১০) রায়গী থ্বাইদগী ফজবা ঐতিহাসিক নাটক্নি অমস্তং মসিদা নাট্যকারগী নাটক ইবগী অথোইবশিং খজিক্তা ময়াওই। মতাং অসিদা রায়গী হোৎনজমন পনবা য়াবা অমদি মহায়া ইবা নাটকশিংনা সাধারণ নাট্যশালাশিংগী পরিবেশপু অরা-অনাগী পিরোইনয়বা থৌদোক্কী অমস্তং ধর্মমতশিং ফোঙদোকপগী নাটকশিংতনা ইফুন ফুল্লবা অচুবু ফনা য়ায়া কোকহল্লবা অসিনি।

কলকাতাগী কোলেজ অমগী রসায়ন শাস্ত্রগী অধ্যাপক ক্ষীরোদ প্রসাদ (১৮৬৩-১৯২৭ (অহানবদা ঈশৈনা মপৃং ওইবা নাটক অমস্তং ওপেরাশিং ইবা নাট্যকার ওইনা সাল ১৮৯৫ দা থোক্লকম্মী। "আরাবিয়ান নাইটস" কী বারীদগী লৌথোক্নুনা ইবা "আলিবাবা" (১৮৯৭) অসুম্না ইখিবা মাগী নাটক্নি। "আলিবাবা" বাংলাগী সাধারণ নাট্যশালাদা মতম পুম্নমক্তা ইংনোদা নৌহুনা লৈবা নাটক্নি হায়না থ্বাইনা লৌনরম্মী অমস্তং মসি ফোঙগ্রবা মতুং চহী য়াম্খৈদগী হেল্লক্লবা ফাওবা মীয়ামা অদুম পায়খিবম্মী। যাত্রা পালাগী অহৌবদা অমস্তং মরক্তা পোথাবগী মতমদা ফাগী-ফারাং তৌহুনা থোক্লিবা চরিত্রশিং মসিগী নাটকসিদা য়াওহন্দুনা নৌনা মথরায় হাপ্লম্মী। তৌবগীদি হায়রিবা চরিত্রশিং অসি অনৌবা মওং অমদা শেম্লম্মী। নাটকসিগী ঈশৈশিং (পূর্ণচন্দ্রনা ইবা) অমস্তং জগোয (নৃপেন্দ্রচন্দ্র বসুনা শেম্বা) অনীসি অমগা অমগা য়াম্না চাশিন্নরম্মী। অসুম তৌনা শেমগৎখিবা নাটক অসিগী অভিনয বাংলা নাট্য জগত্তা ইতিহাস ওইখিরম্মী।

বিদ্যাবিনোদ ঈশৈনা মপুং ওইবা, ঐতিহাসিক, ভক্তিগী রানা মপুং ওইবা, নোরনবা ইবা অমস্তং রোমান্টিক নাটক কয়ামরুম ইরম্মী। মহাক সামাজিক ইবদা হৈনিংবা পোকখিদে। মহাক্কী নাটকশিংদা রারীগী মচাক্তা মহাক থোইদোক্লা চেকশিল্লম্মী। ভক্তিমূলক ওইবা অমস্তং পৌরাণিক নাটকশিংদা নীতি অমস্তং ধর্মগী ভাবত রোমান্সনা হেন্না মপুং ওইহল্লবনা নাটক্কী মগুণ থোইনা হেক্কৎহল্লম্মী। গিরিশচন্দ্র অমস্তং রবীন্দ্রনাথকী মতৌ তমহুনা ইরবস্থ য়াম্না চেকশিন্না অচুম্বহু অসিনি হায়বা থঙনা মতৌ তম্লম্মী। মহাক্না নাট্যরীতিগী মরমদা অহানবগী লেখক্কী অদুগা ঘটনা শেম-শাবদনা অকোনবগী লেখক্কী মতৌ তম্লম্মী। মসিগী চপচাবা খুদমদি "রঘুবীর" (১৯০৩) কৌবা রামায়ণ বারীদগী লৌথোক্নুনা ইবা নাটক অদুনি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী থুংইগী মতৌ তমহুনা মুক্ত ছন্দা ইবা মাগী অহানবা নাটক

"ফুলশয্যা" ( লুহোংবগী কম্মং, ১৮০৪ ) তথ্যায় অমা ঐতিহাসিক ৱারীগী ওইবা নাটক্নি। মাগী ইরোই লোইবা নাটক "যক্ষেশ্বরের মন্দিরে" দা ( যক্ষেশ্বরগী মন্দিরদা, ১৯২২ ) সিনেমাগী অনৌবা রীতিগী প্রভাব য়াওই। ৱারীদি মথাক মশানা শেম্বনি।

## ২১ শুবা শন্দুপ

# রোমান্টিক কবি

হৌমিন্নবা শৈরেং ইবশিংগী মঙ্গংদা অতোপ্পা অমগী থৌইনশিন অমসুং থোইদোকপা উদ্দেশ্য অমত্তা য়াওদনা মরম্মাই পামজবদগী শৈরেং ইখিবনি। সংস্কৃত কোলেজদা তম্লবা বিহারীলাল চক্রবর্তী ( ১৮৩৪-৯৪ ) মথক্তনি। মহাক্কী মমুম কলকাতাদনি অমসুং মহাক্না সংস্কৃত তমখিবসি পণ্ডিত ওইনবগী নক্তে সুপ্নগী কাব্য পামজবদগানি। মহোন্দা বাল্মীকি অমসুং কালিদাসকী প্রভাব কন্না চঙখিরম্মী। মহাক ইংরেজী খঙলম্মীদি হায়ববু স্কুলদা ইংরেজী নিংখিনা তম্লমদে। মসি অমরোমদা মাগী মরাইবক ফবনি মরমদি ইংরেজী কবিতানা মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমসুং অতৈ অতৈবু শুমহৎখিবগুম মহাকপু শুমহৎপা ঙম্লমদে। সিগী মথক্তা মহাক বাংলা সাহিত্যগী থায়নগী কবিশিংগী কাব্য নিংথিন খঙলম্মী মরম মযাম শিং অসিনা মাগী মথক্তা কবিশিং থাদনা মাগা চৌগিন্নথিনা কবিশিংদগী মহাক তোঙাম্না তাল্লবা কবি অমা ওইরম্মী। অদুগা মহাক অমিত্রাক্ষর কবিতা থক ইথিদে হাসবসিমগা মতাংসিদা পনবা য়াই।

থায়নগী অরিবা খুৎইদা ইবা ঈশৈ চাম্মা থোমজিন্দুনা পুথোকখিবা অসিনা চক্রবর্তীগী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক্নি। সিগী তুংদা মহাক্না "পূর্ণিমা" কৌবা পত্রিকা অমা পুথোক্লম্মী ( ১৮৫৮ ) অমসুং মসি কোঙবা লেপপ্লবগী তুংদা অতোপ্পা পত্রিকা "অবোধবন্ধু" ( অপঙবশিংগী মরুপ ) কৌবা অমা অমুক পুথোক্লম্মী; মসি চহী মরীদমক হিংলম্মী, ( ১৮৬৬-৬৯ )। মানা ইবা পদ্য অমসুং গদ্যগী রাৱেংশিং হায়রিবা পত্রিকা অনীসিদা ফোঙলম্মী। মাগী অহানবা কাব্যগী লাইরিক 'বন্ধু বিয়োগ" ( মরুপশিংগা কায়নবা, ১৮৬৩ ) হায়বা সর্গ মরীদা ইবা অসিদা মাগী তুপী অহলগা অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অকমথক্কা মহাক্না কায়নখিবদু তেংথারম্মী। মসিগী কবিতাশিং ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তগী থৎইগী মওং লৌতুনা ইবনি অমসুং মসিগী মচাক্তা থোইদোক্না শীংথানবা যাবা হায়ববু কবিনা মমালৈলাকপু অমসুং মাগী কবিতাবু মথক্কী লুপ্পমথৈ চংশিজবগী মরমদা ইরিবশিং অদুনি। মথংগী কাব্যগী লাইরিক "প্রেম প্রবাহিনী" দা ( চুংশিবগী ঊচেল, ১৮৬৩ ) শিঙ্গিল্লিবা লোন থোইনা ফগৎপা উদে তৌইগুমসু লাইরিক মশাদা অনৌবা মওং অমনি য়াওরি। পুন্সিদা অমসুং চুংশি-চুংওন্দা নিংবা কায়রবা কবিনা কাব্যচর্চাদা চুংঙাইনা লেপ্তনিংই। থম্মোয়চুংদা অন্তপ্রেরনাগী থাউমৈ চুথৎলক্লবদা কবিগী মকমদা অঙয়া ফাওরকই,

তাউখোক্কে ঙসিদি তাইবংপান তম্বং
মালং মঙামা ; পাথোক্লবা থম্মোয়
শক্লিংলে মঙুণবু শকথঙদবা মাগী।
মীয়ামগী মীরাউখোল অহুম অহুম
তামথরে, খোইথুম্নরবা শৈহেক্লা
মায়কৈ মরী তাউখোক্কে। লূপথরক্কে
থম্মোয় অমৃতগী ঈপাক্তা অদুবু
পাইথৎলি হকচাংদি সমাবেগকী তুংঙাহ
ঈরাংদা মপান নাইত্রবা।

মতমদুগী মতিকচাদ্রবা সমালোচকশিং অমম্তং থাগৎনখিবা শৈরেংবশিংবু কবিনা ওম্বোক্লা য়ানিংলমদে। মহারা পরম্পরাগী চৎনবা ঙাক্ক্না হবশিংবু য়ানিংখিদবদু অহুম্না ফোঙদোক্লম্মী,

মখোয়না অতোপ্পা মীনা চারম্বা
পুথমদু লেকই, মখোয়গী মশাদা
মশাগীনি হায়বা করিমত্তা যাঙদে ,
অদু ফাওবদা মখোয়না বাংলাগী
লুচিংবা, অস্থপ্পা শাবা শাই।
মখোয়গী থম্মোয় কবিতাগী লম্বীদা
থক চঙঙ্দে তৌইগুম্বম্তং মখোয়না
চৎলিবা অদোমদা কবিশি বু ইলহন্নি'ই।
অথুম্বগা মহাউ কম্নিনো মখোয় থঙদে
অদুগম্ব মহুবু য়েম্বোকনি থৌরাংলি।

চক্রবর্তীগী অহমগুবা কাব্যগী লাইরিক "নিসর্গসন্দর্শন" (প্রকৃতিগা কোয়মিন্নবা, ১৮৬৯) সর্গ নিপানগীনি। কবিনা লাইরিক অসিদা সাল ১৮৬৭ কী নবেম্বরগা হৌগৎলকপদা কলকাতাদা থোকখিবা মাঙ-তারনবগী মশক ওইরবা নোং-হুংশিং অদুগীদমক হুংঙাইতবা ফোঙদোকই। শৈরেংগী পংক্তিশিং অমমম থাদোক্লগা ওম্ ওম্না অরোইবগী পদশিং শাম্নহন্দুনা চতুষ্পদী শৈরেং শেম্মী। লোন য়াম্না চম্মী অমম্তং অনৌবা শেম্নিবা ছন্দগী থোঙচৎ মহৈ য়ানথি। কবিনা শেমগৎলিবা জগত্তা প্রকৃতি অমম্তং মীবু মফম চানা চানা কলহন্দুনা থম্মী অমম্তং কবি মশানা তোঙাম্না

মৈদোক্তুনা মখোয়গী মতুংদা লৈ। মথংগী কাব্য "বঙ্গসুন্দরী" ( বাংলাগী শকহেনবী, ১৮৬৯ ) হাযবসিদা বিহারীলাল চক্রবর্তী। রোমাণ্টিক গীতি কাব্যগী হৌরকফম ফজনা য়াওই। মথং সংস্করণদা ( ১৮৮০ ) "সুরবালা" ( স্বর্গগী লৈশাবী ) কৌবা অনৌবা কবিতা অমা অহুমশুবা সর্গ ওইনা কাব্যসিদা হাপচিল্লম্মী। মসিগী কবিতাসি কবিগী তুংদা ফোঙলককদোবা খুাইদগী ফজরবা কাব্যশিংগী পরিচয় তাকপনি হায়বা য়াই। লাইরিক-সিগী হায়গী সর্গশিংদা যাওবা মম'ং যাম্না চথৎপা মতমদা ইথিবা ত্রিপদী শৈরেংশিং অত্তুদগীদি মসিনা চঙখোনব হেল্লম্মী। কবিগী থম্মোযদা ফাওথিবা "স্বর্গগী ওইবা পেন্দবগী" মৈচাকপু অহানবা সর্গদা ফোঙদোকই। অনীশুবা সর্গদনা পৌরাণিক রারীদা যাওবা অমাঙ-অতা নাইত্রবী ষ্টপীগী মত্তৌদা মথেল মথেল কয়ামুক থোক্লা-উৎলিবী ষ্টপীগী চীংলেনগা অমসুং যোৎনৌবগী রুপ্পু থাগত্তুনা ইরি। অহুমশুবদনা কবিগী "স্বর্গগী লৈশাবা'গী শক্তম্ধু যেক্লি অমসুং মাগী নীংবা কায়রবা অমসুং মশানা য়াদনা অংল লমন্না মখোয়না পাম্বা লৈশাবী অমগা নমতুনা লুহোংবিরবা মাগা ফুংশিনজবা পাথংতুনা কন্না পুন্সি লেনখিবা হাযবদু ইরি। মরীশুবদনা অয়াম্বা মতমদা শমুংগী অরোনবা কাগী যক্লাং চাংজো মরীগী মতুংদা ইমুং-মতুংগা থবক্তা নোমতুনা পুন্সি চুম্না লেপ্লিবী ষ্টপী পুন্সি মরেন হৌরি। মমৈথংদা ষ্টপীদু সিগুম্বা পুন্সি মরেন অসিদগী লাইরিক-লাইশু পাতুনা নাম্বোকচবা ঙম্লম্মী, তৌইগুম্বসুং নোম্লিবা থবক অত্তুদগীদি নাম্বোকপা ঙম্লমদে ওতুগা হোৎনবগী মতাঙস্ত হেক্লিনখ্রে। মঙাশুবা সর্গদনা মীতংশি চাউবা ষ্টপীমচা অমগী মরমদা হরি। ঈনা কুপ্পা পুল্লপ তাবা শঙ থরা মৈ চাক্লম্মা, ষ্টপীমচাতুনা ময়ুমগী মিহুৎথোঙ অমদগী মতুবু মথরায য়াম্না ফুংঙাইতনা যেংলম্মী। তরুকশুবদনা কবিগী থম্মোযদা লৈশাবী মচা অমগাদমক ওমচাররিবা মীতংশিগী রারু ফোঙদোকই। ষ্টপীমচাদু চহী য়াম্না লৈশিনবা মথোঙ হুক্তুবা অহল অমদা লুহোংদুনা থাজৈ মসিদা কবিনা ফুংঙাইরমদে। মথং সর্গ অহুমদদি হরাও তয়াম্বগী রা ঙাক্তা ইরি, মখোয়শিং অসিদা কবিনা মা ফুংশিজরবী ময়ুমগী ষ্টপীবু মাগী লোয়নবী মরুপ ওইনা, মাগী ষ্টপী ওইনা অমসুং নহা ওইরিবী মমাগী শক্তমদা থাগত্তুনা হরি।

চক্রবর্তীগী থোইদোরা ফজবা কাব্যগী লাইরিক্তি "সারদামঙ্গল" ( কবিগী থম্মোয়দা হৌরকপা লাইরেবাক্তী ঈশে, ১৮৭৬ ) [১] হায়বসিনি। মওং-মত্তৌদা

(১) কাব্যসি সাল ১৮৭০ দা ইবা হৌরম্মী অমসুং থাগী ওইনা ফোঙবা পত্রিকা অমদা মচেৎ থরা যোঙলম্মী ( ১৮৭৪ )। মমৈদা জ্যোতিরিন্দ্র ঠাকুরগী ষ্টপীনা হোৎনবদগী কাব্যসি মপুং ফানা ইখিরম্মী

অমসুং মহাক্কী ভাবতা কাব্য লাইরিককিসিগা কবি মহাকথক ফাওবদা লোন অসিদা ঈবা অতৈ কাব্যশিংগা পুনশেন খেন্নবস লাইরিককিসিগী মখিংশিনা তান্নিবদি কবি অসি অস্নিবা বাংলা সাহিত্যবু পামজবা মীনি হায়বসিনি। "সারদামঙ্গল" দা ইরিবদি শেমগৎলকপদা মঙাইরিবা, মগুং তান্নিবা অমসুং অসিনি হায়বম থকরিবা বিষয় অমগী মরমদনি। মসিদা কবিনা হোৎনরিবদি মশাগী অমুপ্রেরনা অমসুং কল্পনাগী শক্তিবু মথৌ শরুনিবা মাগী আদর্শ অমসুং ঈথৌ পাংবা পোকহল্লিবগী মরদুবু প্রতিরূপ নাইহনগে হায়বসিনি। কবিগী রাথল খোঙফম চেত্তে অমসুং তয়াং তয়াংই অদুগা মতুং ফাদ অমদং ইশম শম্নদে। মাগী কল্পনা ইতাউ তাউই অমসুং মপুম্নিংনা শেমগৎলকপশিং মমক মিরাংগী কুপ্নবা লংজানা শাবা ওইরোইদোবা ভাঙা ওইনা তৌই অমসুং লৌশিনফম থঙত্রবা মুখরক্কবা চুমথাংগী মচুনা লৈতেংই। কবিগী রাথল ফংডাইদবা অমসুং অপেনবতনা পুমকুপ কুপাস্ত্রে। মরম কয়ামুক অসিনা "সারদা মঙ্গল" দা হন্নিবা লোল চাং ইমান মান্নদে, কবি কবিগুম্বদা পাবদা খুরৌ চেল্লি অমসুং লৌফম থঙদবা তোয়না থেংনৈ অমসুং মরক মরক্তা কম্বা কংনবা য়াওই। তশেংনা হায়রবদা মসি শাগৎলকপদা হৌরক্লিবা কাব্যনি হায়বা য়াই।

বাল্মীকিগী থম্মোয়দা শাদানবা অমনা উচেক নাবা অমা হাৎপা মতমদা ফাওথবা মীচংশিগী রাথল অমুক নোনা কবিগী থম্মোয়দা ফাওহন্দুনা ঋষিশিংগী থম্মোয়গী রা ওইনা কল্পনা তৌদুনা অহানবা সর্গগী ববিতাদা ইরি। মথংগী সর্গদা কবিনা বৈষ্ণব কবিশিংগী রাধানা তৌবগুম কল্পনা তৌদুনা মাগী মথম থঙদনা চৎলবা মংশিববু কোহথি থিরি, হাযবদি, প্রেম আনন্দবু থিরি।

অহুমশুবা সর্গদনা কবিনা আত্মানা থেংনরিবা চৈনরবা থৌদোশিংগী রাবু হরি। মহাক্না তান্নরিবদু ভাইহাক অমুক যংগদোগুম তৌরম্নগা ম'মদদি পুমচাই চাইদুনা তোকহ। অসিগুম্বা কে-কু শান্নবগী মঙংসিনা পুম'চাক চোকথহল্লি। মঙাশুবা অমসুং হন্নোই লোইবা সর্গদনা কবিনা তান্নরিবা অপেনববু ( আনন্দ ) হিমালয়গী চী'লেম্নবা চৌংদোন্দা ফংই।

চক্রবর্তীগী অতোপ্পা শীংথানবা য়াববা কাবা "সাধের আসন" ( পামজবা ফম্নবা মোল, ১৮৮৮–৮৯ ) "সারদামঙ্গল"গী মথা শমথরকপনি হায়না লৌবা যাই। কাব্যগী মখিংসিনা মসিগী মরু ইহন তমথিবগী রা অদুম মতাকচে অমসুং মসিগী মরমদা রাগী অমা লৈ হায়বস্ত থঙহনি। বিহারীলাল চক্রবর্তী দ্বিজেন্দ্রনাথ ঠাকুরগী চান্নবা অদুগা ঠাকুরগী ইমুং-মচুংগীনা অমল য়াম্নবা মরুপনি। জ্যোতিরিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মুপী চক্রবর্তীগী কাব্য য়াম্না পামজনা পাথিবী মীশক্লি। মথাক্তা কবিনা ফম্নবা শাম্নতুগী মোন অমা

তুরম্মী অমসুং মতুগী মতুং ওন্নবা ওইনা কবিনা ইবা কবিতা অমা ইরম্মী। চক্রবর্তী কবিতাদু ইবা হৌরম্মী অদুবু তপ্পগী স্তবক অহুমথক্তং ইরগা মথা ইশ্রখিদে। অদিগী মতুংদা চপীসি ইথঙ থঙহৌদনা লৈখিগ্রবদা কবিগী পুক্নিং য়াম্না নুংঙাইরমদে অমসুং মহাক্না হায়খিবদু নিংশিংলম্মী অমসুং কবিনা সর্গ তরাগী কাব্য অমসুং অরোইবদা লোইশিনবগী রান্নোল অমগা য়াওবা লাইরিক অমা ইরম্মী। কবিনা মীওইশ্পোক্কী পুন্সিদা থেংনরিবা থোদোক-ন্নাথোকশিং অমসুং পামজনা নীংজবগী অমসুং ফংগে তারজবগী মহৈগী মশক ওইরবা আনন্দগী মহাওবু ফংবগী নুংঙাইবা শৈথাদুনা কাব্যসি ইবা হৌই। অসুম্না চৌরম্নগা কবিনা মশাগী হৌখিবা পুন্সিগী মতাংশিংদো অমুক হল্লক্নুনা নংা অদুং ওইরিঙৈ অমসুং পাথং ফাব্লকঙৈদা থেংনখিবা নুংশি-নুংঙনগী অমসুং হরাও-তয়াম্বগী রাব ইনৌ নোনা ফাওরকই। মসিনা মাবু স্বর্গগী নন্দন কানন য়োহল্লি, মফমদুদা মাংা নুংশিজবীবু নুংশিরুবগী মচংশিনা। জগৎ পুম্ববু মহাক্না নুংশিবা উমহল্লম্মী।

নুংশিজৈ ঐনা নুপা-নুপী,
নুংশিজৈ ঐনা অচৎ-চত্নুরমক,
নুংশিজৈ ঐনা ইশাবু, লৈরি
ঐহাক আনন্দগা লোয়ননা।

অদুদগী উররে মহাক স্বর্গ তম্না চৎলিবী নুংশিচাউবী য়ুমংগী নুপী অমগী আত্মাগা। মাগী মমিত্তগী শিল্পরকপা পিগী মরিক অমনা আত্মাগা থোরাং-মৈচাক কোকহল্লে। মহাক্না স্বর্গগী স্নথোঙ লানশিন্দুনা চঙথিবদু কবিনা উরম্মী। তোইঙম্বসুং মচুংদা কবিবুদি চঙহল্লমদে। কবিনা হৌজিক্কি লাইরৈবাক্কী ফজরবা মচুং অমসুং মপানগী দৃশ্যশিং অমসুং কর্ম অমসুং ভাবনাবু কল্পনা তৌদুনা চিক্না ইংনা পোথাবা ওয়ে। সিগী তুংদা মাবু "সারদামঙ্গল" কাব্য মপুং ফানা ইহনখিবী অমসুং "সাধের আসন" কাব্যসিবু ইনিংবগা ইহন মাগী থম্মোয়দা তমহনখিবী পুকচেল চাউরবী ইবেম্মসিগী মফমদা কবিনা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎলক্লে। মহাক কবিগী মফমদা তাইবং মীগী মপোক্তা পৃথিবীদা থোঙদাররবী কাব্যগী লাইরেম্বী ওইররে।

বিহারীলাল চক্রবর্তীনা লুচিংবা রোমান্টিক কাওবুশিং অক্রুবা অমসুং থোইদোক্লা মচুং হল্লিনবা জ্ঞানগী মরমদতা নত্তুনা নুংশি-নুংঙনগী মরমদা অমসুং থম্মোয় মশেন অমগা অমগা তিন্নবগী রাদা থোইদোক্না মপুক্নিং থিংজিনবা মরম্না অতৈ রোমান্টিকশিং-দগী তোঙান তারম্মী। থিন্দনা য়েংশিনফম থোকপা তঙাইফদবা সমাজ সংস্কারগী সমস্যাশিংবু য়েংলিবা মথোয়গী মিৎয়েং মতমদুদা হৌমিন্নথিবা অতৈ কবিশিং অচাবী

মমিংমক নত্রবস্থ খুৎলোইনবগীদমক ক্লাসিক কাঙবু হায়না কৌনখিবা কবিশিং কাঙবুগী মিৎয়েংগা থেম্নরম্মী। থোইদোক্না ভকপদি ইংরেজী শিক্ষা যংবগী অয়াম্বা ওইরবস্থ ক্লাসিক কাঙবুসিনা সমাজ সংস্কারকশিং অমসুং মদিগী মরমদা থনবশিংগী খুম্মাং চাওশিনবা সংস্কারগী রাবু যানিংখিদবা অসিনি ; মখোয়না লম্নাবী লুহোংবা অমসুং সুপীশিংবু মনীং-মথা তমহনবগী রাদা কয়া খোইদাখিদে অমসুং মমিংতা ওইনা শোগৎলম্মী। অমরোমদা রোমান্টিক কাঙবুদি কোলেজদা লাইব্রিক-লাইস্ত তম্রক্তে অমসুং সমাজ সংস্কারগী মরমদা ভাং শকপস্ত হৈরমদে তৌইগুমসুং মখোযদি ছুপীশিংগী কান্নবগীদমক হোৎনবদা য়াম্না মথরায় যাওরম্মী অমসুং হৌনরবা য়াওদনা চোংথোক্লম্মী। ক্লাসিক কাঙবুনা ছুপীবু থাযনগী অশৈবশিংনা পাপ তৌহন্নবগী লাংথাক ওইনা শেন্নখনি হায়না হায়রঙতুমক মতম পুম্নমক্তা লৌদ্রবস্থ ছুপীদি মচা ধারা পান্নবগী-দমক্তা শেন্নখনি হায়বসিগী ভাবতা ৰূপাদগী হম্বনা লৌরম্মী।

সাহিত্যদা অহানবা হেক থোঙদাওৈদা ক্লাসিক্তা খুৎইদা কাব্য ইত্না হৌরক্রবস্থ সুরেন্দ্রনাথ মজুমদার ( ১৮৩৮-৭৮ ) রোমান্টিক তম্বাই অমা চঙবা কবিনি হায়বা যাই। মহাক্কী থাইদগী ফজবা খুৎইদি "মহিলা" ( ছুপী ) [১] হায়বসিনি। মসি সাল ১৮৭০-৭১ দা ইরগা মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা শগু অনী থোক্না সাল ১৮৮০ অমসুং ১৮৮৩ দা ফোঙলম্মী। চক্রবর্তীগী "বঙ্গসুন্দরী" কাবানা মসিগী কাব্যসিবু ইনিংবা পোকহনখিবনি হায়বসিদা কন্নিস্ত চিংননিংঙাই লৈতে। কাব্যসি শরক মরী থোক্না খাযদোকই, অহানবা শরুক্তা রাহোদোক্কী মওংদা ই অমসুং অকোনবগী অতমসিনা ইমুং-মচং য়ুম্বান পুন্সিদা মমা, লোযনবী ছুপী অমসুং মচন-মচেগী তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌন্নিবী ছুপীগী পরিচয়বু পীরি। অরোইবা শরুক স্তবক মন্নিদং ইবগা লোইশিন্দনা থনম্লে। ছুপা অমবু ঙসি মী অমা ওইহল্লিবসি ছুপীননি অমসুং ছুপীনা ইরোই নোইবদা ছুপাম্নু স্বর্গ কাহনি হায়না কবিনা থাজে। য়ুমগী ছুপীগী মরমদা ইবা অহুমশুবা শরুকসিদা কবিনা মপুন্নিংদা হৌবিবা অপাম-চুংশিগী রা কযামুক কনবা হাসবত্র ফোঙদোকই। শিন্নবা মতুংদা হকচাং য়াওদবা থরানা মাগী সংশিক্ষকী ছুপীগী নাক্তা কোয়শেন শেন্নদুনা লৈগনি অমসুং মাগী প্রেমনা মাগী ছুপীগী পুন্সি থোঙচক্তা রস হাপকনি হায়না কবিনা হায়।

---

(১) কবিনা কবিতা অসি ইবা লোইশিল্লমদে, অতুগা মমিংস্থ থোন্নমদে। কবিগী মনাও দেবেন্দ্রনাথ মজুমদারনা কবিতাসিগী মমিংসি থোরখনি অমসুং কবিতাসি ফোঙখিবনি

লোংমা য়াচংলকপা মতমদা চুথৎলগা
থাউমৈ নহান্না, নওংগী শাড়ীগী কিজিন্না
থন পুথোক্লকনি মহুবু মপান্দা,
য়েংগনি অদুগা চাক্লিবী নোৱবী মৈরীথু:
থওও মদো ঐহাক্নি, মৈরীনি ঐগী হুংশিবনা
চাক্লিবা তনিক তনিক মৈরীক্তদা
থাওহুনা মৈচাক চিঙ্গেংনিংবনা নওংগা।

বিহারীলাল চক্রবর্তীগুম্না সুরেন্দ্রনাথ মজুমদারসু সংস্কৃত নিংথিনা হৈরম্মী। মহাক ফারসী লোনসু থৱা থওলম্মী। মাগী লোন সংস্কৃতকুম্না খজিক্তংনা ফোঙদোকই অমসুং মচু তাই। "মহিলা" পংক্তি তরেৎনা শাবা স্তবকা ই। শাংনা ইবা অতৈ কবিতাশিং ফজব। ৱাৎলি তৌইগুম্বসুং মাগী অতেনবা কবিতাশিং থরদি ওম্বোক্লা ফজে। লাইবক থীবদগী মথোয়শিংসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লমম্রে। মজুমদার গদ্যদা প্রবন্ধ থৱা ইরম্মী অমসুং টোডকী "রাজস্থান" গী ফজবা শরুক থরসু অনুবাদ তৌরম্মী (১৮৭৩-৭৮)। মহাক নাটক ইবদসু খুৎ থান্নম্মী। মহাক্কী ঐতিহাসিক নাটক "হামির" (মহাক্না লৈথিদ্রবা মতুং সাল ১৮৮১ দা ফোঙলম্মী) সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা শান্নবদা মীয়াম্না পায়খিরম্মী।

দ্বিজেন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৪০-১৯৪৬) হিরম কয়ামুক্তা মীথোই-মীহেনবা মীশক অমনি অমসুং মহাক মাগী মনাউনুপা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী থাক অতুমক য়োবা য়াবা মীশক্নি। মহাক অঙ্কদগীনা ঈশৈ কাওবা অমসুং দর্শন শাস্ত্রতগীনা "শোর্ট হেণ্ড" (খোঙ্খোকী মতুংইন্না তেন্না ইবা খুৎই) কাওবগী মথল-মথেলগী শাস্ত্রশিংদা হৈনিংবা পোক্লম্মী। মহাক য়েক-খোৎপসু ফজনা হৈরম্মী অমসুং অথাবা চেনা উপু শাবদা খোইদোক্লা হৈরম্মী। অদুবু দর্শন শাস্ত্র নত্তনা কবিগুম্বা অমদা মতম শাংনা মপুক্লিং চঙলমদে অমসুং মরম অসিদগী মঙোন্দা লৈরিবা মথল-মথেল কয়ামুক্কী প্রতিভাশিং মঙম শাক্লমদে। মাগী কাব্য ইনিংবগী প্রেরনা ময়ক মরক্তা হোৱক্লম্মী। গুম্নমকসিগী মথক্তা বাংলা গদ্যদা ইবা অথোইবা লেখকশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি অমসুং মহাক্না বাংলা সাহিত্যদা লাম্বা পানিংঙাই লৈত্রবা কাব্য অমা ইরম্মী।

দ্বিজেন্দ্রনাথনা "মেঘদূত" অনুবাদ তৌরম্মী (১৮৬০) অমসুং মচু খ্রাইনা পারম্মী। লিপা তুক্তা ভক্তিনা মপুং ওইবা অমসুং লৈবাকলিংবগী ঈশৈ থরসু ইরম্মী, অদুগা মশানা ইরবা "ব্রাহ্ম ধর্ম" হায়রবা লাইরিক বাংলা গদ্যদা ইথোক্লম্মী।

মনিংতম্না কবি কল্পনা তৌদুনা ইবদা থোইদোক্লা চঙথোক্লি হায়বগীদমক অচৌবা কাব্যানি হায়না লৈংথানখিবা মহাক্কী কাব্য "স্বপ্নপ্রয়াণ" ( মঙদা তৌথিবা থৌনাফবগী থৌদো, ১৮৭৫ ) সাল ১৮৭৩-৭৪ দা ইখিবনি। মসি রূপক কাব্যনি অমসুং "ফেয়ারি কুইন" অমসুং "পিলগ্রিমস প্রোগ্রেস"কা চাংদম্নবা য়াই। মসি আধ্যাত্মিক কাব্যস নত্তে অদুগা রোমান্টিক য়ারীবু ক্লাব্য ওইনা ইবস নত্তে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা কাব্যসিবু মঙলা থেংনবা রূপকী মমেথক পাক্লা কুপ্না অচৌবা মলাল, দলালদুগী মশাদা অচৌ-অচৌবা মাঙ্গোনশিং, মচু মথল মথল তৈরবা মীতিরকম কাশিং অমসুং মশাদগী ইমোক্‌না শেন্নবা মী ফমফম কাশিং য়াওরবা অমসুং দলালগী অকোয়বদনা নিংথিজরবা হৈকোল-লৈকোয়া লৈত্তেংলিবা অমগা চাংদম্নরমী। কল্পনা তৌবদা মথৌনা লৈবগুম মওং লাকপদস থৌনাফনা লাকই অমসুং ছন্দ, তাল অমসুং লোয়া মসিবু ফজনা ফোঙদোকহল্লি। মহাক্কী মরূপ বিহারীলালনা তৌবগুম্না দ্বিজেন্দ্রনাথনা ভাঙনরিবা লোনগা সাহিত্যনচিংবদা ইনরিবা ফজবা লোনগা অমসুং কাব্যগী লোনগা কাব্য নত্তবদা শিজিন্নবা লোনগা য়ানশিন্নদুনা ইবদা কবিমত্তা চিংনরমদে। অসুম তৌদুনা ইথোয়কপা মাগী থুংই য়ায়া ফজৈ তৌইগুমসুং বিহারীলালনা ইবদদি অসুপ য়ায়া ফজরমদে। পুন্নমকসিগী মথক্তা দ্বিজেন্দ্রনাথকী য়াথলদি চঙবা য়াংলপ ইবা থুংইসিনা ঊৎলিংলিবা মপানগী ওইবা মচাকশিং ফোঙদোকপদা হেন্না মচিন থোহল্লি।

মঙগী থৌনাফবগী থৌদোক্লা মুন্দম ওইদুনা ইবা রূপক য়ারী হেলোইগী য়ারীগী মগুংগা চাউনাক্লা মাটম। কবিনা কম্না তুমথুন তাল্লিঙৈ তাঙাদা মা॥ আত্মানা হকচাং পোক্লাংগুংদগী থোক্লকবা হোৎনৈ অমসুং মরায়া পায়বা য়ারীশিংগী নিংথৌগী মচাশিংনা তৌবা থৌনাফবগী থৌদোশিংগা মান্নবা থৌদো কম্না তৌরুগে থিয়কই। লংলবা হুমিংনা সমুদ্রগী ইরোম্‌দা লুপথিবগুম চেতনা শক্তিবু তুমথুন তানবনা থুমহৎপবদা মঙলৈবাক্কী ইবেন্মা অমনা কবিগী পুক্নিংগী কাহ্ হাংদোক্কে লাকই। য়াথলগী য়োলাই নিংথৌ তুরেলগী তোরে তুংইনা থৌরক্কি অমসুং কবিনা ( হায়বদি কবিগী আত্মানা ) য়োলাইদুদা তোঙঙ্গরি। শারথী ওইরিবী ইবেন্মা কল্পনা পুক্নিং লৈবাক তয়া থৌরক্কে। মফমদু য়োরক্লবদা কবিবু পুক্নিং লৈবাক্কী রাজধানী আনন্দ শহরদা থম্নগা কল্পনা হনজে। কল্পনাগা অমম্না কায়নবসিদা কবিগী পুক্নিং হুংনাংলকই। মতমদুদা ( মরূপ ওইবগী ) শখ্যনা কবিগী নাক্তা চঙলক্‌না লৈবাক্‌গী অমসুং পাজিবা নিংথৌগী ইমুং-মচুংগী য়ারী কবিদা শম্নপা তাক্কে। খুদক্তা আনন্দ নিংথৌনা কবিবু কৌরক্কে। মরূপকী হুংশিনবনা কবিবু নিংথৌগী সনা নাক্তা পুরক্কে অমসুং নিংথৌনা মশু মতম হুইনা কাম্নজবা মরূপ অমা নিংথিলক্‌না তরাম-তরাম ওকলীরে।

নিংথৌ কোন্থহ মহাক্না অভাং ওইখিবিভো লৈপ্রবা মুরি হায়না কবিনা থক্সকই। নিংথৌনা মরুপকী হুংশিনবদা কবিবু কোন্থংগী অকোইমহু য়েংহন্নু হায়না তাকপীরকই। সিগী তুংদা ( নিংথৌগী মচাহুপী ) কল্পনানা কবিগী অক-অন্ত য়েংগনি হায়না থারহুনা কবিবু ওন্নবা উমং অমদা লৈবা রাণী মায়াগী (১) মন্দির তাম্না পুররক্নে। মথোয়না উমংগী মহুং হেক লানশিল্লকপদা মকমহুগী দৃশ্য পুমওন ওল্লক্নে।

থা থংবা রথোঙ হাংলগা তপ্লা তপ্লা
থাংবা খোঙথাংদা লেঙশিল্লক্নে ঋতু
নিংথৌ বনগী মহুংদা, লৈপাৎ তমহক্নে
উন্নী-ব্রাখিশিং মতাং খুদিংগী, পুময়োম
য়োমহল্লে অনৌবা উনানা। থঙদে কনাহ্ন
লমথুংকম থঙব্রবা থা মায়কৈগী নামিবা
মালংবনা কল্লিগী ঈহুন তল্লক্নি
মাগী মশাইগোন্দগী। হাংদোক্কনা
মায়থুমফি লৈরাংশিংগী নিক্করি হুংশিবা
লৈনম মহাক্না, অদুবু পেনবা নাইদে
মহাক্তি। হুংশাখর ফুমনা হায়রি মানা
"সিদি নঙ্গেনা মহাক।"

কবিনা মমাগী শকফম মানবী রাণীগা উন্নরে। রাণীনহ্ন মহাকপু মচাগা মান্ননা উরন্নী অমসুং মাগী মমিত্তগী মপি শিন্থরম্নী। মহাকী সথী খুৎলৈথুবীনা ( রাজগী ) কবিগী মিস্তা অহুপ্রেরনাগী কাজল তৈবীরে অমসুং খুদক্কু মক্তদা কবি মশা রাথন্দা তাউহুনা কদায়দা লৈবগে হায়বা থঙজখিব্রে। ওাইহাক লৈরগা রাণীগী অতোপ্পী সথী অমত্বা ( তামসী ) কৌবী মকমহুদা য়োরক্নে অমসুং কবিগী রাথল অমরোমদা থৈদোকথরে। কবিগী পুক্লিংদা নীংহমবা পোক্লক্নে। কবিনা মরুপকী হুংশিনবগা লোইনহুনা আনন্দ নিংথৌগী মচা ইরাংগী যুবরাজনা লৈখিবা হুংঙাই-রাইক শহরদা

(১) অচাবা অর্থদা ( দার্শনীক ভাবতা ) সৃষ্টিগী শক্তি লৈবী মান্না হায়রনি। অদুবু মসিগী রাহৈসিগী শব্দার্থদা মথল কয়ামুক থোক্না থঙনবা রাবগী মওং অমা রাওই। বাংলাদা মসিগী অর্থ মমানা মচাবু হুংশিববু সাধারণ ওইনা থঙনৈ। মতমসি কবিগী মমা লৈখিদবতা ওাইরিডে মতম্রি

লাক্লে। মাগী হেক উরবদা যুবরাজন্থ মাগী অঙাং ওইরিবৈগী মঙ্গল্লি হায়বা কবিনা খঙলনী। কবিনা মথাগী অমদা মাগী পরিচয় পীরবদা যুবরাজনা মাবু নিংশিংলকই,

অচুবা (১) অমস্থং মনানা (১) মুদোংলিবা,
অকনবনা (১) লৈরিবা, গুণ (২) অমস্থং
জ্যোতিনা (১) পুন্নিংগী অমম্বু কোকহল্লিবা,
মুমিং (১) অমস্থং থাগী (১) অনৌবা
মঙাল্লা লৈতেংলিবা অত্থুগুমবা লাইগী (৩)
লৈফমদা ভাম্বোইরি কবিসিনা।

সিগী তুংদা যুবরাজনা ইরাং পোকহনবীদা ঈশৈ শরুবা অমস্থং জগোয় শানবা হায়রম্মী। মহাক্কী ঈশৈ অমনা কবিনা নহা ওইরিঙৈদা থরায় তাথিবা ঈশৈ অমা নীংশিংহনখি। ঈশৈ শকপা লোইরবদা কল্পনানা পীরকপা লৈ পরেং অমা কবিনা ইরাং পোকহনবীদা হুকপীরম্মী। নোক্লিংহনবীনা শাউসি কল্পনাদা হল্লিলম্মী অমস্থং কল্পনা মপুক্লিংদা রারোরম্মী। অতুদগী অকিবগী মশক ফংলবা থোদোক অমরোমদা কবিগী পুক্লিং চঙখিরম্মী। বীরবাসনা রসাতলগী নিংথোগী মথুক্তগী তুপী অমা কল্লম্মী। যুবরাজগী শঙ্গাই মচুংগী তুপীগী লৈফমদা থম্মুগে হায়না পুরকপদা রসাতলগী হিংচাবা থোগল্লোইশিংনা মশক থঙহন্দনা লাক্লগা তুপীলিবু মুন্দুনা পুথিরম্মী। অরাবনা থুমহৎপ্রবা কবিনা প্রকৃতি ইমা॥ মফমদা চঙজরগা অরাবা কোকচক্লগে হায়বগীদমক যুবরাজগী শঙ্গাইছু থাদোক্লমহূনা অমস্থং মরূপকী হুংশিনববু থনমহূনা মথস্তা থোক্লক্লে। তৌইগুম্বস্থং লম্বী ওয়থিহূনা অরাবগী লমহাংলোমদা চংলম্মী। মফম থঙদনা লাকপদগী অকি-তুজুংলবা থোদো কয়া থেংনরক্লবা তুংদা অরা-লমদমগী শহরগী মনাক ম্লোরক্লম্মী। হৌজিক মহাক অরা-অনা কৌবা অনা-শঙ্গুম্বগী থোগল্লোই অনীগী মথুক্তা তাথিরম্মী। মথোয়না মাবু অরা-নিংথোগী মনাক্তা পুরম্মী। হিংচাবা নিংথোগী কোম্বুং লাপ্পা উরকপদা য়াম্না শুক্না অমস্থং অকিবগী মশক ওইনা উরম্মী।

(১) সত্য, হেম, বীর, রবি, সোম : কবিগী মনাও শিংনি
(২) গুণ (হায়বদি গুণেন্দ্রনাথ) : কবিগী মথুরাগী মচানি
(৩) দেব (হায়বদি দেবেন্দ্রনাথ) : কবিগী মপা

চাউরবা অমস্তুং চীংলেম্রবা দলাল ময়েক শেংনা উরক্রে। কল্লানগী ফজাং চাংজোংশিং ওয়া ইনিং নীংথায়রে। অতুর রাংলবা মতোনশিংহুদি চীংনেম্রা কউরি। নীংথায়রবা মিহুৎশিং ফাওতুনা হন্নি তুংশিং মনীং তয়া।

পরেং শানা লৈশ্রিবা দলালগী মতোন্দগী ফত্রবা মকু অমনা মথাদা য়েংথরক্লি। নিংথৌনা সভাসদ ময়াম তিল্লিবা সভাদা চঙলক্লগা মাগী কমফমদা ফম্লরে। বন্দীশিংগী বিচার হৌদ্রিঙৈদা নিংথৌনা মাগী মন্ত্রীদা মথৌ থৌওইদবগীদমক থীনা চৈরম্মী। মহাক অস্তুয়া হায়,

বিকুহু মঙাইরে নঙনা তৌজশান্নিবা,
তুমদুনা লৈবদো লেংহৈদবা ফম্মুংদা
মতমচুপ্পা! তলব ফংদোবা হুমিত্তা
ঙাইহাক হৌগৎপদুনা লোইরে নঙগীদি।

মীচৈ অসি তাবদা মন্ত্রীনা অস্তুয়া খুমকই,

হে নিংথৌ, তলব হায়বদু কমদোবগে হায়বা ঐনা খঙলক্ত্রিবা চহী অহুম শুরক্লে।

নিংথৌনা মসিগী অচাবা পাউথুম পীনবা হোৎনৈ।

নিংথৌনা হায়: ঐগী (অতৈ) মী পুম্নমক ওয়া তিজং য়াজংলে, নঙতা মঙাইরে নোয় পেন্না উরিবসি। অতুঙৈদা নহাক শরুগী পোল্লাং ওইরবনি হৌজিক্তি কদায় শামু ওল্লে। নঙনবু তলব চারম্নবা নহাকথক্কী নহান্না তুম্নমগনি পৃথিবী।

কবিবু ইম্বাং যুবরাজগী অয়োনবা মীনি হায়না মরান শীরম্মী অমস্তুং মাবু কালিদা কখোকউ হায়না য়াথং পীরম্মী। তৌইগুন্দবস্তুং হাৎলমদাই তাঙ্গাদা থৌজাল হৈবীগী লাইরেম্বীনা মাবু কনবীরম্মী। সিগী তুংদা বীররস অমস্তুং অকি-অথংগী রস অনীগী অকনবা লান অমস্তুং মমৈথংদা অকি-অথংবু মায়থিবা পীখিবহু উরম্মী। কবি য়ায়া কিরন্মী অমস্তুং মথরায় বারম্মী, মহাক্না থৌজালগী লাইরেম্বীদা চঙজরম্মী অমস্তুং লাইরেম্বীনা মাবু অক্রবা সঙ্গদা শিন্নবীরম্মী। অফবা মঙনা মাবু তপস্যাগী চীংয়োন্দা পুন্নিরম্মী অমস্তুং মফমতুদা আত্মা সংযমদগী থাংহৈবা হায়বা মশা ঙাকচনবগী কবচ অমস্তুং শাস্তনাদগী শীংজংগী মশক ওইরবা জ্ঞানবু ফংজরম্মী। সিগী তুংদা মহাক চীংয়োন্দ তমা কাথৎলম্মী। তাম্না লৈহৌরবা মীওইপোক্কী তাইবংপান অসিগী অরা-অনা কয়ানা মাবু কয়া য়াম্নরম্মী। কবিগী থম্মোয়দা হৌজিক্তি ফংজত্রবা মীহুৎশি

অমসুং মশাগী ওইজবা য়াওরবা হুংশিবগী য়াথল শোয়রম্মী। অরুবা শরুনা মহাক্না শাগ্নিবা আশাবু য়োকথৎশীন্নমী অমসুং মাগী য়াওাংনা কবিবু শোথাহন্নমী।

মহাক কবিনি। কন্নিগী নওনা য়ান্নিবা? নথয়াদা হুংওাইতবহ্ হায়দোকউ অমসুং খ্বাইদা শওহন্নু। মতু হেক তাবদা তৌনিংবতা মতৌবা নীংওাইবা লৈত্রবা অওাংকাও শান্নবা তোক্তুনা তুমিন তাগনি। ভাব য়ুসনা থুমহৎখিহনা মাগী মুন্নবা মমিৎ শিয়োইনগনি। নওদি বনগী চেক্লাওবনি। কন্নিগী কপ্নি অহুক থম্মোয় শোক্লা? মহাক্তি ননীং তমহনতা লৈরক্লবা চেক্লানি অতুগা অতুম্নসু অতুম লৈহৌরগদৌবনি। ঐনা হায়রিবসি উমংতুগী য়ানি য়ান্নী-য়াতাই শান্নথিবা হুংশিংকা মায় মায় ওনশিন্নহনা;

উমংনি মদো নোং-হুংশিং, অথাক-অয়াউ  
কিত্রবা, শথনসু থাত্রবা, কোয়শিনবা  
ওমত্রবা মিংনা উন্নিবা ওমথৈনসু,  
মশা মথল লেপচন্নিবা শন্দোকহন্দুনা  
মতম চুপ্পা হয়াও-তয়াম্নক মশাশিং  
নোংমদোল তেমশিংননা।

হৌজিক্তি কবিগী থম্মোয় শান্তি ফংলে। মহাক আনন্দ য়াজাগী নাক্তা হল্লক্লে অমসুং নিংথৌগী মচাহুগী কল্পনাগা লুহোংলে। কবিনা থেংনথিবা মওগী থৌনাফবা থৌদৌশিং অমসুং মাগী আত্মানা তান্নথিবা পুন্নমক অস্নম্না লোইশিল্লে।

দ্বিজেন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইয়াং য়াংবা থুৎইগী য়ারীগী কাব্য অমা ইরম্মী। কাব্য-শিগী মমিং "যৌতুক না কৌতুক" (অউনপোৎলা ক্যাগীয়া, ১৮৮৩) কৌই। মসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদগী তম্বা মাগী লুহোংবগী থুদোলপোৎ ওইনা ইবনি। ফাগী-ফারাং তৌবগা চাংলেম্বগা মনীংতম্না অচম্বা রীতিদা পুনশিন্নহনা ইবদগী কাব্য অসি পাবদা থোইদোক্লা হুংওাই। মাগী অতৈ কবিতাশিং অয়াম্বা অতেনবা অমসুং নোক্নিংবা রসকী ওাক্তনি অমসুং লম্নাই পাননবগী ইবা মক্তনি। লোন অমসুং ছন্দ শেম্বদা মাগী হৈ-শিংবা কবিতাশিং অসিনা অতুম মতাকচৈ। মুন্নবা সংস্কৃত ছন্দগী শব্দমাত্রাশিংবু চৎনন্নিবা লোনদা ইবা কবিতাশিংদা হাপ্তুনা ইবা পত্ত থুৎই হৌদোক্লবসি মাগী থোইদোকপা হোৎনজমনগী মহৈনি। বাংলা লোনগী "শোর্ট হেণ্ড" (সঙ্কেতলিপি) গী মবমদা মহাক্না গত্তদা ইরবা অথন্নবা প্রবন্ধ "রেখাক্ষর বর্ণমালা" (১৯২২) ছন্দগী মরমদা মাগী হৈনীংবগী প্রতিভাগী লেঙ্গরবা প্রমাণ্নি।

গন্ত ৱারেংগী লেখক ওইনস্থ দ্বিজেন্দ্রনাথ শীংথানীংঙাই অদুম লওই। মাগী "গীতাপাঠ" ( গীতাগী মরমদা নৈনবা, ১৯১৪ দা, অহানবা কোক্তখিবা ) অমস্থং অতৈ দার্শনীক প্রবন্ধশিংদা ইৱিবা গন্তরীতি তঙদা থোক্লোইদৌবা খুৎইনি। মাগী লল্লাই চিঠিশিং থরদা ইল্লাই লাইনা য়েক্লম্বা মাগী চিত্রশিং উৎবগা মহাক লাইয়েকপা নিংথিনা হৈবা মীনি হায়বসি থঙবা ঙম্মী। মহাক ঈশৈ নোংমাইস্থ পাল্লম্মী। বাংলা লৈবাক্তা শিয়ানো থোংবা মানা ইহান হান্না হৌদোক্লম্মী।

দেবেন্দ্রনাথ সেন ( ১৮৫৫-১৯২০ ) রোমান্টিক কবিদি ওইরগা ক্লাসিকরোমদা মপুল্লিং থরা থিংজিল্লম্বা মীনি হায়বদা কৱিস্থ চিংনলিংঙাই লৈতে। মহাক্তা অথাকপা লৈতনা সম্মান তৌথিবসি হুপীশিংবুনি ( অদুগা অঙাংবুস্থনি )। মাগী খুৎই পংৱাং ৱাংদে অদুগা অদুক হাক্লা কম্বা-কলেংনবস্থ তৌদে। অদুমকপু মাইকেল মধুস্থদন দত্তগী চতুর্দ্দশপদী কবিতাশিংগী প্রভাব মঙোন্দা চঙখিবদু সেন্না থাদোকপা ঙম্মদে, মসিগী লেঙম্রবা খুদমদি মপূং ফাজরবা ৱাহৈপরেংদা নত্রগা ৱাহৈদা অহেনবা ৱাহৈ হাপচিন্দুনা অমস্থং অরিবা সাহিত্যগী ৱাহৈ-ৱাতা মওং-মতৌশিং লৌশিন্দুনা ইবা খুৎইসিনি।

সেন গাজিপুর জেলা আদালত্তা ( নোংপোক উত্তর প্রদেশতা লৈবা ) মতম থল্লা উকিল ওইদুনা লৈরম্মী অদুদগী অমুক এলাহাবাদ হাই কোর্টতা উকিল ওইরম্মী। মহাক্কী কবিতাশিংদ। মহাক্না লৈরম্বা মফমদুগী হৈ-লৈগী মরম্ম নিংথিনা শৈথারি। সেননা ইহান হান্না ইথিবা লাইরিক্কি সাল ১৮৮০ দা ফোঙথিবা য়াম্না তেম্না তেম্না ইবা কবিতাগী লাইরিক অহুম অদুনি। "অশোকগুচ্ছ" ( অশোক চরোং, ১৯০১ ) মাগী কবিতাশিং থোমজিন্দুনা ফোঙবা অহানবা লাইরিক্নি। থাগী ফোঙবা পত্রিকা-শিংদা হাপখিবা মাগী অতৈ কবিতাশিং লাইরিক তরানিথোই থোক্লা থোমজিল্লম্মী অমস্থং সাল ১৯১১ পুন্না ছাপা তৌদুনা ফোঙলম্মী। লাইরিকশিং অসিগী মমিংশিংগী অরোইবদা গুচ্ছ হায়বা ৱাহৈসিনা লোইশিল্লি ( সেন লৈ পামজবা মীশক্নি ), মমিংশিংদুদি মথোয়সিনি, "গোলাপ গুচ্ছ", "শেফালী গুচ্ছ", "পরিজাত গুচ্ছ" অসিনচিংবা। মানা ইরম্বা অতৈ কাব্যশিংনা "অপূর্ব নৈবেদ্য", "অপূর্ব শিশুমঙ্গল", "অপূর্ব ব্রজাঙ্গনা", হায়বশিং অসিনি। মথোয়শিং অসিগী মরক্তা লাইরিক থরদদি লাইরিকী অরোইবদা কবিতাশিং অসিগী ইংরেজীদা অনুবাদ তৌদুনা হাপ্লম্মী।

সেনগী মপুল্লিংগী ফিভম কবিমকীনি অমস্থং মাগী থ্বাইদগী ফজবা কবিতাশিংদি হুংশি-হুংওনগী মরমদা ইবশিংনি। অসিগুম্বা হুংশি-হুংওনগী কবিতা য়ুমান পুক্নিংগী মতৈ-মনাউ অমস্থং ইমুং-মহুংগী মপা-মচা মচিন-মনাউশিং হুংশিনবগী ওাক্তনি। মতম পুন্নক্তা কবিনা হুপী অঙাংগী মীচং চঙই। মাগী খুৎই থর্মোনদা হেন্না থরাম য়াওশিন্না

ই অমসুং মসি মাগী পুন্সিগী লোইশিল্লকপা মতাং অচুম্বাইদনা অমুক্তা হেন্না ময়েক সাবা হেল্লম্মী। সেন হেক হৌরক্লপদগী হৌনা রবীন্দ্রনাথপু ভক্তিগা লোইননা পারজখিবা কীশক্তি অমসুং মহাক্কা নহারোল লেখকশিংবু মতম পুম্নমক্তা চংশিনবগা লোইননা থৌগৎলম্মী। মহাক কলকাতাদা য়াম্না তোয়না লাক্লম্মী ( মকম্নসিদা মহাক্কা হায়স্কুল অমা লিংখত্তুনা চহী কয়ামুক চথরম্মী ) অমসুং মহাক্কা হেক লাকপা থুদিংগী নহারোল লেখকশিং খরগা সাহিত্য নৈনত্তুনা মতম লেপ্লম্মী।

গোবিন্দচন্দ্র দাসসু ( ১৮৫৫-১৯১৮ ) ইমুং-মচুংগী চংশি-চুংওনগী মরম্মদা ইবা কবিনি। তৌইগুম্বসুং দেবেন্দ্রনাথ সেনগী কবিতাদা ইবদৌনা ইমুং-মচুং চংশিননা চংডাইনা পানবগী য়াত্তবু শৈশকখিদে অমসুং য়ুম্বান পুন্সিগী প্রেম ভাবকী ফজরবা আদর্শ অচুত্তবু ইরমদে; ভাব রসনা মাগী থম্মোয়বু ঊহৌহনবদৌনা চুপীগী থোৎ-নৌরবী হকচাং তোংশাগী য়ানসু মঙোন্দা অচুম ঊহৌহনখি।

দাসনা মথাগী অস্থম্না ইরকপসিদা বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাসতা অনৌবা থৌনা হাপ্লম্মী:

চংশিজৈ ঐনা মাবু, মাগী মশা
পুম্বা শক-ওাক তোংশাসু য়াওনা,
চুপীগী শুমহৎনিংঙাই মতৌগী,
লুম্নবা শদোংছগী, নত্তে অমা মসে নত্তনা
লুপচনিংবা পুন্নীবু কামগী থৌরাং মৈচাক
কোক্লক্কম।
মতুগী লৈথোমদ', মতুগী লৈনাংদা
লৈওঙনিংই ঐহাক কালী লিলগী মতৌগুম।
চংশিজৈ ঐনা মাগী মশা পুম্বা,
মাগী শক-ডারু, মাগী তোংশা।

দাস ইংরেজী সাহিত্যগা শক খঙনখিদে। মাগা কুমচৎ অমত্তদা হৌমিরখিবা কবিশিংগী মরক্তা দেবেন্দ্রনাথ সেন মথক্তগী প্রভাব মঙোম্বা তাথিবত্তম তৌই। দাসকী অনুভূতি অমকপা য়াওদে অমসুং য়াম্না মচিন থৌই অমসুং হিংলিবা পুন্সিগী থোক্তচৎনা মঙোম্বা শাম্নবা অভিজ্ঞতা অমা খঙ্গহনম্মী। মঙোন্দা মপোক্কী শীথোরকপা প্রতিভা লৈজরম্মী; মসিনা মাগী কবিতাশিংগী রস ইঙ্গিং তিনা শাজৈ, মচিন থৌই অমসুং

পানিংহল্লি। তৌইগুবসুং মাগী খুৎই থায়নগী ওইনা তৌই অমসুং মতিকচানা ফোঙদোকপা ওমদে, অমসুং ফোঙদোকপগী মওং শিল্পীগী হৈশীংবা য়াৎলি।

দাসকী খ্রাইদগী ফজবা কবিতাশিং অপিক অপিকপা লাইরিক্তা থোমজিন্দুনা সাল ১৮৮৭ তগী ১৯০৫ ফাওবগী মরুংদা ফোঙদোক্লম্মী, মথোয়দুদি, "প্রেম ও ফুল" (হুংশিবা অমসুং লৈরাংশিং, ১৮৮৭) "কুঙ্কুম" (অঙাংবা, মনম হুংশিবা ভস্ম, ১৮৯১), 'কস্তূরী", (১৮৫৫), "চন্দন" (১৮৯৬), "বৈজয়ন্তী" (স্বর্গ, ১৯০৫) অশিনচিংবলিনি।

অক্ষয়কুমার বড়াল (১৮৬০-১৯১৮) বিহারীলাল চক্রবর্তীগী খুৎই লৌদুনা ইবা কবিনি, তৌইগুবসুং মাগী কবিতাশিং চক্রবর্তীগী অদুগুম কোমগোম লেংশিনবা ওমদে অমসুং থম্মোয়গী ভাব রসকী ইহৌ পোকহনবসু ওমদে। সিগী মথক্তা চক্রবর্তীগী কবিতাগুম্না পাবদা হুংঙাইহনবা অমসুং থম্মোয়দা হেক পানবসু থোক্তে। বড়ালগী মপুক্কিংদা হৌরকথিবা ইনিংবগী ইরাং দেবেন্দ্রনাথ সেনগী কবিতাশিংগীদা তৌবগুম্না লুহোংদুনা য়ুম্বানমিন্নবগী ইমুং-মচুংগী হুংশিনবদগী হৌরকপা নত্তে, মাগীদি অয়ুক-হুমিদাংগী পুন্সিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদগী হেন্দোকপা য়া ফাওবা য়াওই। গোবিন্দচন্দ্র দাসকুম্না বড়ালসু অকনবা অনুভূতি লৈবা কবিনি তৌইগুবসুং বড়ালগী কবিতাশিং দাসকী কবিতাগুম্না থোৎ-মেৎবা য়াৎলি। মাগী কবিতাশিং য়াম্না য়াথল থলহল্লি, মরম অসিনা মশাগী অতাবিদা ফোঙদোকপা ওমদে। বড়ালগী কবিতাশিং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী অহানবা হোৎলকপা মতমদা ইথিবা কবিতাশিংগী প্রভাব য়াওবা উই তৌইগুবসুং য়াওরিবদু কুয়াংবানগী ওক্তা ওইনা তৌই। ব্রাউনিং বড়ালনা য়াম্না পামজবা কবি অমনি। ইংরেজ কবিসিংগী প্রভাব বাংলা কবিসিংগী ইরিবা খুৎইদা, মানা মীওইপোক্কী পুন্সিবু য়েংলিবা মিৎয়েংদা অমসুং সৃষ্টি অসিগী কান্নবা কন্নিলো হায়বসিদা ময়েকশেংনা তারি। য়াহৈ খজিক্কদা ফোঙদোকপদা অমসু অচাবা য়াহৈ-য়াতা শিজিন্নবদা বড়ালগী লোন তোপ তোপ তাই। তৌইগুবসুং মশানা মপুং ফাজরবা য়াহৈ নত্রগা য়াহৈপরেংদা য়াহৈ হেন্না হাপচিন্দুনা ইবগী হৈনবী অসিমদি মহাক পুমথা থাদোকপা ওন্নমদে।

বড়ালগী অহানবা কবিতাগী লাইরিক "প্রদীপ" (থাউমৈ) সাল ১৮৮৫ দা অদুগা ইকোন কোনবা "এষা" (কোইথি থিবা) না সাল ১৯১২ দা ফোঙলম্মী। অকোনবগী কবিতা মাগী হুংশিজবী লৈথিরবী হুপীবু নিংশিংনবগী ওইনা ইথিবনি। কবিনা মসিদা মশাগী হায়নিংঙাই লৈত্রবা অরা-মৈচাকপু কনাগুম্বা মীশক অসিদগীনি হায়বা নাইদবা অরা-মৈচাক ওইহন্দুনা মথাগী অহুম্না ফজনা ফোঙদোকই।

পাওনবা থম্মোয়গী অমসুং ঐহাক্কী মসে মৈরীগী মতৌনা কৎথিবা হোৎনগী, য়ৌরগনি লাইরৈবাক চাকথেরকপা লৈথা তাবে শাজৎ।

রোমান্টিক কাণ্ডবুগী মতুং চক্রবস্ত মতমতুগী ইবেম্মা কবিশিং থরগী মরম মকমলিদা তেনজল্লা নিনবা য়াই। ইমান মাম্মা মথোয়গী মিৎয়েং মপাম্বোংগী পোৎশকশিংগী মরমদনি (বস্তুনিষ্ঠ)। গিরীন্দ্রমোহিনী দত্ত (১৮৫৪-১৯২৪) কবিতা য়ায়া ইরম্মী। মহাক ঠাকুর পরিবারগী সাহিত্যিক অমসুং সাংস্কৃতিক ইন্নাংগা য়ায়া তোৎন-নৈনরম্মী। মহাক্কী থ্বাইদগী ক্ষজবা কবিতাশিং থরদা মানা লৈশাবী ফারকডে মাগী খুদংগী য়ুমদা থেংনখিবা থৌদোকশিং অমসুং কলকাতা শহরগী দৃশ্যবু থাজুনা ইরম্মী। মহাক্কা ইরম্বা কবিতাগী লাইরিকশিংদি, "কবিতাহার" (কবিতাগী লৈপরেং, ১৮৭৩), "ভারত কুসুম" (ভারতবর্ষগী লৈরাং, ১৮৮২), "অশ্রুকণা" (পিরাং মরীক, ১৮৮৭), "আভাষ" (মমি শামিবা দৃশ্য, ১৮৯০) "অর্ঘ্য" (শ্রদ্ধাঞ্জলী, ১৯০২) অসিনচিংবসিনি।

উপন্যাস ইবী স্বর্ণকুমারী দেবী মহায় ওইরপ্পা কবিতা জাৎ ইরম্মী। বাংলা সাহিত্যদা ইহান হান্না রোমান্টিক বেলাড হায়বদি গাথা হৌদোকলুবসি মহাক্কনি। অশিঙবা মাগী ঊশৈ মরীথক "গাথা" (১৮৯০) হায়বা লাইরিক অমদা থোমজিন্দুনা পুথোক্লম্মী।

কামিনী রায় (১৮৮৪-১৯৩৩) আর্টস গ্রেজুয়েটনি। মহাক হৌমিন্নবী ইবেম্মা কবিশিংগী মরুংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাশিংগী ভাবরীতিগী অয়েৌবী প্রভাব চঙখিবী ইহান হানবী কবিনি। মশাগী হৈনবীরোমদগী য়েংলবদি মহাক রোমান্টিক কাণ্ডবুগী মতুং চন্নি হায়বদগীদি ক্লাসিক কাণ্ডবুদা চন্নি হাংবনা হেন্না পকচগনি। মাগী কবিতা মপাম্বোংগী পোৎশকশিংগীতা ওইনা তৌরবসু মতম পুন্নমক্তা মীশক নাইদবগী মওংদা ইবা ক্লাক্তি নত্তে। হৌনশা মুপী ওইবীগী ইকাইখিবী অমসুং হজোইজবী থোম্বোক্তা কবিগী থম্মোয়রুংগী রাবু মাগী কবিতাদা ফোঙদোকই। নিংঙমহৌদবদগী অমসুং নীংবা কায়বগী ক্রংডাইতবা থোম্বোক অমা মাগী কবিতাশিংদা তত্তনা য়াওইদি হায়ববু মহাক বিদ্রোহীদি ওইরমদে।

কুপ্পসন্থ, চায়থোইবী, ঐগী লোইনাইদ্রবা
পুক্তি অমমতনা,
ভাজরবসু মঙাম্দো অরোই-অথম
নাইদনা ঐগী লমীদা।

মতমতুগী থ্বাইদগী মীথোই-মীহেনবা কবি হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী ভুমিকাগা লোইননা শ্রীমতী রায়গী ইহান হানবা অমসুং থ্বাইদগী হেন্না ক্ষজবা কবিতাগী

লাইরিক "আলো ও ছায়া" ( মঙাল অমসুং মরি ) সাল ১৮৮৯ দা ফোঙদোক্লখী। মাগী মথংগী লাইরিক "মাল্য ও নির্মাল্য" ( লৈ শরেং অমসুং কথলবা লৈমন, ১৯১৩ ) দা মহাক্না নহা ওইরিঙৈদো ইথিবা থরগা ( ১৮৮০ ) অমসুং মাগী খ্বাইদগী অনৌবা কবিতাশিং ( ১৯১৩ দা ইথিবা ) থরগা য়াওই। মথৈদা ফোঙলকপা মাগী লাইরিক-শিংদা ( ১৯০১-৩০ ) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী প্রভাব ময়েকশেংনা তাই।

নাটক ইবা দ্বিজেন্দ্রলাল রায় তুংগী মীরোল্লা নোরিংনবা ইরবা ঔশৈশিংগীদমক মাযু থোইদোক্লা নিংশিংনহোগনি অতুমকপু মাগী রাথল থিংজিন্না ইরবা কবিতাশিং থরবুদি থওইদবা য়ারোই। অসিগুম্বা কবিতাশিং সাল ১৮৮২ দগী ১৯১২ ফাওবগী মফমদা থোমজিন্দুনা ফোঙখিবা লাইরিকশিংদা য়াওরি মথোয়দুদি, "আর্যগাথা" খণ্ড অনীদা ( ১৮৮২, ১৮৮৩ ), "আষাঢে" ( ১৮৯৮ ), "মন্দ্র" (১৯০২), "আলেখ্য" (১৯০৭) অমসুং "ত্রিবেনী" ( ১৯১২ ) অসিনচিংবসিনি। খুৎইগী রীতিদা অমসুং ছন্দদা মনীংতম্বা অমসুং ইয়াং য়াংনা থনবগী ভাব ফোঙদোকপা অসিনা মাগী ফজবা কবিতাশিংগী মপুংওইবা মচাক্নি। তৌইগুম্বসুং মথোয়শিং অসি কখোকপন্না য়াওনা হোৎনবা অতুগা ফজবা রাৎপগী দোষ লৈ।

২২ শুবা পন্দুপ

# রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ( ১৮৬১-১৯৪১ ) চাংলেম্বা, খোঙথাং য়াংবা অমস্থং মচুত্তাম্ববা স্বজনক্ষম শক্তিগী মথল-মথেল কয়াগী প্রতিভানা লৈজেংলবা অমস্থং মহাক্তা মায়বা অমা অতোপ্পা লৈবাক অমদা পঙনা ঊথিদ্রিবা সাহিত্য শিল্পীনি। মহাক্কী কবিতাদা শিজিন্নখিবা ছন্দ, রীতি অমস্থং মহুংগী ভাব অশিনচিংবা অসি অস্থম তৌনা খোল্লমগনি হায়বলিমক ঐখোয়গী লোন অসিগী মীওই কনানস্থ খল্লম্লোই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী অনৌবা হৌদোকখিবা কবিতাগী নত্রগা বিহারীলাল চক্রবর্তীগী রোমান্টিক কবিতাগী খুৎইগী ধারা ইন্দুনা নত্রগা মতৌ তমদুনা ইবনি হায়বসি স্থপয়া য়াররোইদৌবা য়ানি। মহাক্কীদি মহাক মশাগী ওাক্তি অমস্থং অস্থম তৌরবা ফাওবদা মহাক লৈবাক অসিগী লৈপাক-লৈহাওদা মপান-মরা চেৎনা তাগ্রবনি। মহাক্কা ভারতকী সাহিত্যগী মহাউ খোবুম থম্না থরম্মী, মহাক্না থকখিবা অসিওন্না কনানস্থ থক থকখিদ্রি ; মহাক্কা থকথিবদি মরৈবাক অসিগী য়েলহৌভৈদগী লৈজরক্নবা অমস্থং চাংলেম্নবা রস অদুনি, উপনিষদকী খুন্নং তাঃবা ঈশ্বরবাদ নত্রগা কালিদাসকী মেঙলবা খুৎচঙলবা শৈহেক-শৈদা অমস্থং বৈষ্ণবশিংগী ভাবোদ্দীপকী ঈশৈশিংগী রস অদুগুম্বা নত্তে। মহাক ভারত মশাগী ওইবা কবিশিংগী মহুংদা খাইদগী ভারতকীদা ওইজবা অমস্থং তাইবংপানগীস্থ ওইবা অদুগুম্বা কবিনি। মহাক মতম চুপ্পা মায়কৈ কয়াদগী, মফম পুম্নমক্কী চেনশিল্লকপা ক্ষান্নমকপু হরাও-হরাও লৌশিন্নবা শেম-শাদুনা লৈ ইংরেজী কবিতাদগীনা বাংলাগী নাউশুম ঈশৈ ফাওবা, ধ্রুপদ শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী স্বরদগীনা খুন্নক্তা পংশক শক্নবা ঈশৈগী স্বর ফাওবদা। অদুবু মহাক্কা হেক মংখিবদুমদি মহাক্কী হেক্তা মওই, করিগুম্বা মওংদা মীগী মতৌ তম্মা মহাক স্থপহৈ হৈরমদে।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মপুংফাবা জ্ঞান দৃষ্টি লৈবা মীশক্তি অমস্থং মীওইবগা মরী হেক লৈনবা মাঙবা নাইররোইদৌবী মগুণ চেনবা পোৎশক খুদিংমক্তা মপুক্তিং চঙলম্মী। মওইবমক টেরেন্সনা হায়বদৌনা মহাকস্থ হায়রম্মী ঐহাক মীনি, মীগী হৌনবী পুম্নমক ঐগী হৌনবীনি। অসি হায় হায়দুনস্থ মহাক মীরৈবাক্কী মওং-মতৌ থক লৌরমদে অমস্থং অচাউবম কাবগী শাজং অমত্তা মশাদা য়াওরমদে। রবীন্দ্রনাথকী কবিতা বাংলা কবিতা ওইবা অদুপ ভারতকী কবিতাস্থ ওই অমস্থং ভারতকী কবিতা

ওইবদুমক তাইবংপান পুম্নমক্কীসু ওই, মরমদি মহাক সৃষ্টি অসিগী হৌরককম ওইরিবা অমসুং জীবনী শক্তিবু শকওং কয়াদা হিংহন্দুনা থম্লিবা মাঙবা লৈত্রবা ঈচেলগী লুরবা ঈরেন্দসু লুপলুরবনি। রবীন্দ্রনাথকী কবিতা তাইবংপান অসিগীনি হায়করিবনি অশেংবা কবিতাগী মচি ওইবা শরুক জগৎ পুম্নমকীনি হায়বা ভাব অসিদগী হায়বা নত্তে, অহোইনদুম মতুদা য়াওরিবা মাগী পাউজেল ভারতবর্ষনা মানবজাতিবু য়েংলিবা মিৎয়েংগা চানবা অসিদগীনি।

রবীন্দ্রনাথ অঙাং ওইরিঙৈদো মযুমদগী মরৈরম্মী অদুবু মরক মরক্তা মহাক অরাপ্পদা থঙদে অনকপদা থঙদে য়ুমদগী থোরিংবমা হেক হেক পোক্লম্মী। সভ্যতাগী মঙাল ফংলবা পৃথিবীগী মফম শিন্‌দুনা মহাক কোযরম্মী অমসুং মহাকপু মফম থুদিংদা তরাম্না ওকল্মী, ইকাইখুম্নবদা মতিক চারবা বিদেশী অতিথি ফাওবনা ফংলরোইদোবা মওংদা মহাকপু সন্মানগা লোয়ননা ওকখিবনি। মহাক্না য়োকু য়োরুবা লৈবাক্তা মহাক কবিতা ইরম্মী। তৌইগুমসুং মহাক মাগী মযুম নোংচুপ বঙ্গগী পীরুবা শান্তিনিকেতন কৌবা, মপা-মপুশিংনা হুংঙাই-থাইফনা পাল্লম্বা কলকাতাদা লৈবা য়ুমদগী মাইল চাম্বরোম লাপ্লবা থুঙংগী কাচিন অদুতদা মতম পুম্নমক্তা হল্লকনিংলম্মী।

ঠাকুরগী মশাদা য়াওরিবা মী অমা ওইবগী মতিক-মগুণ মথল কযামুক্কীনি। মসিগী মথলশিং অমগা অমগা চানদবদগী হেন্দোক্লুনা তশেংনা থেন্নরকপা য়াওরবসু অম্মনা অমগী অরাৎপা য়েনশিন্নে। অযাম্বা মতমদা চীক্লা ইংনা রাখল থঙনবা মী ওইরবসু য়াম্না থুনা পল্লেপফম অমা হেক্তা লেপ্পা ঙম্বা অমসুং তৌফম থোকপদু তাঙ্গাগী মতুংইন্না হেক্তা পায়থৎপা ঙম্বা মীতানি। মহাক্কী থবক অমগী শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবা ঙম্বগী অমসুং মতম চঙনা শেম-শাগৎপগী শক্তিগী লেঙত্রবা প্রমাণ হাযববু বিশ্বভারতী অমসুং শ্রীনিকেতনগী সংস্থানশিং অসিনি।

কবিগী সাহিত্য জীবনদা পামজরিবদি লোইবা নাইদনা কেকু লোৎপী শান্নবা, ওইরোইদৌববু কল্পনা তৌবা অদুগা তান্নরিবদুমা লেপ্পা নাইদনা তান্নবা, অমুক্তা হিন্নি কোন্দুনা মরৈবা; অমুক্তা অকনবা লানফমদা য়াওবা, অমুক্তা ধ্যান যোগদা লৈথোকপা অদুগা তান্নরিবদু অসিনি হায়না লেপ্পা অসিনি। রবীন্দ্রনাথকী কবিতাশিংদা ইরিবা মাগী হৈনবী থুৎইদি ওল্লিবা ঋতুগী থোঙচত্তগী লৌহুনা ফোঙদোকপনি, মতোন্দদি মসি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু হঙৎ-হন্দা ওলহল্লিবা, প্রকৃতিবু অহিং-নুংথিল নাইহল্লিবা অমসুং শিবা হিংবা থেন্নহল্লিবা অদিগী প্রতিরূপ ওইরি। মহাক মশাগী মপুঙ্গিবা মরাইবক্তা তমথিববু থঙবা অমসুং থঙত্নমদবগী মরক্তা থম্লিবা, সাধনাগী মহৈ ফংবা অমসুং

কথনবগী ময়ক্তা য়াজিবা অমসুং অওইবগা কল্পনাগা অনীগী কোইহাই হাইহজিবা অনিগী চিহ্নম্ ওইরি। মরম অসিনা মহাক্না ঈশৈ অমদা অসুম্না পৈথাই,

নীংথম অমসু য়েন্নীং পান্থাগী
নৃত্য নাট্যনা চিংলি কপ্পা নোকপগী
দোলগী খোরী, হেক হেক চিংলিডৈ
ময়ক ময়ক্তা শকহোৎথিনি ঐদি স্বাগতকী
ঈশৈ। অসিবু নঙনা পাম্বনরা, শিন্নিবসে
ঐনা লৈরাংগী পরেং ঈশৈগী লৈনম্না হারবা ?
সিনা ওইবা তাই তুম্বা য়াম্রিবা ঐনা
নীংথায়রে পল থন্মোয়গী, লৈথায়রে
উমং অঙাউবা মুংশিংকী নোংলৈনা
লোইবা নাইত্রবা চৈনাবু পীদুনা,
অমম-অঙান ঐগী অহিং-মুংথিলগী থাঙলে
তনীক তনীক। অসিবু নঙনা পাম্বনরা,
শিন্নিবসে ঐনা লৈরাংগী পরেং লৈনম্না হারবা ?

হুমিদাং পোথাবা ফংদরে ঐদি,
অমুক মুংথিল কাংবা লৈতে নোঙগী
থবক লৈতনা থবক শুরুবা লৈতে অমুক
পোথাফম। ওঙোকই, লৈতরে অইংবা
কোবদো ফংদোবা ঐনা পৃথিবীসিদা,
অহুগা খোংলি ঐগী বীনাদি ওৎলরগা
ঐরবু। ঐগী থবায় চুপ্পগদোবা ঈশৈগী
মৈরী লৈহোৎরনি হেন্না অহোইনা চাক্তুনা।
অসিবু নঙনা পাম্বনরা, শিন্নিবসে ঐনা
লৈরাংগী পরেং লৈনম্না হারবা ?

য়ুরোপকী আধুনিক কবিতাবু পাম্বশিংনা থঙগদোবদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হিংলিবা মীওইপোক্কী পুন্সিবু নীংথিং-মাংজিংননা, অরাবগী মশক ওইনা অমসুং নীংবা কায়নীংঙাই ওইনা লোবগী মহক্তা হরাও হরাওনা, মমল লৈহন্দুনা অমসুং ভোৗবীমল থঙবগা লোইননা লোই হায়বলিনি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মযুমদা মহৈ-মশিং তমদুনা অমসুং মশানা শেমজদুনা হৌরকপা মীশক্নি। মহাক কলকাতাদা চহী থরদং মথোং-মরম খঙদনা স্কুল অমা-অনীদা লাইরিক-লাইগু তম্লম্মী, মকমসিদা মাগী অহল নমলশিং চহী চাম্মদগী হেন্না লৈরক্লবনি; মহাক লণ্ডনদসু চহী অমগা থা থরা লৈরম্মী। মহাক যুমদা ওঝাশিংদগী বাংলা, সংস্কৃত অমসুং ইংরেজী য়াম্না নিংথিনা তম্লম্মী অমসুং বিজ্ঞানগী অমসুং হকশেল কাংলোনগী মূলতত্ত্ব থরম্ম তম্লম্মী। অঙাং ওইরিবৈঙেদগী হৌনা মহাক ঈশৈ য়াম্না পাম্লম্মী অমসুং মতমদুগী থ্যাইদগী ঈশৈ হৈবা ওঝাশিংগী মফমদা ঈশৈ তম্লম্মী; ওঝাশিং অসিগী মরক্তা থরনা মা॥ ইমুংগী চান্নরবা মরূপ-মপাংনি, থরা অমনা তলব পীদুনা থম্বনি। স্তুতি স্তমিৎ থুদিংগী ব্যায়াম অমসুং কুস্তি মথৌ অমা ওইনা চাং নাইনা তৌরম্মী। অস্তম তৌবসিনা মশানা হাম্লনা ফদুনা লৈরবা মাগী হকচাং থোইদোক্না ফহল্লম্মী। মশাগী চহী যাম্ধে ওত্রিবৈঙেদা মহাক অনা-অযেক থক নংখিদে। মহাকপু অমসুং মাগী কবিতাশিংবু নিংথিনা থঙবা তারবদি মথক্কী রাফমশিং অসিস্থ থঙজিনবা তাই। মাগী কবিতা থোইদোক-হেন্দোক্না মশা-মঊ ফরবা অমসুং শাঙং-শাদা ফজরবা হকচাং কাইগী পুক্নিংদগী পুথোক্লকপনি।

রবীন্দ্রনাথকী লাইবক ফবা হায়ববু মহাক অঙাং ওইরিবৈঙেদগী হৌনা লাইরিক তম্ফম স্নপহৈ হৈনরক্কে, অদুবু যুমদা লাইরিক-লাইগু তম্বদগীদি মহাকপু চিংথোকপা ঙম্লমদে। ঠাকুরগী ইমুং হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা সংস্কৃতিগী রা অমসুং বাংলা সাহিত্যগী সৃজনক্ষম শক্তিগী মরমদা তত্তনা চর্চা তৌনফম ওইরম্মী। দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরনা উপনিষদশিংদা ইরম্বু মথরায় তাজবা, মী ময়ামকী নীতিধর্মবু ইকাই খুম্নবা, ভারতকী রাথক্লোনগী অমসুং সংস্কৃতিগী মরুওইবা রাফমশিংবু থোইদোক্লা ঙাক্লিংবা অমসুং লেমগৎ-শাগৎপগী রাথলগা লোইনরবা জাতীয়তাবাদপু য়াম্না পামজবা ময়ামক অসিনা মাগী ইমুং ভারতকী সংস্কৃতিবু অমুক নৌহৌনবা য়াকাইহম্লনবগী মফম অমা ওইরম্মী। মসিনা মাগী পরিবারগী থৌদৌ-থৌওং ময়ামক অতোপ্পশিংদগী তোপতোপ তাহল্লম্মী। শক্লাইবা মীপুম খুদিংমরা ঠাকুরশিংসি অতৈদগী তোঙানি হায়বসি থঙলম্মী। শাজত্তা অমসুং রাথলদা মথোয় বাঙালী ওইবদগী হেন্দোক্না ভারত মচাম্ম ওইরম্মী। মথোয়না পুথোকখিবা পত্রিকাগী মমিংসিনম্ম মসি তাকই। মসিগী মমিং "ভারতী" (ভারতকী ঈশৈ) কৌরম্মী, বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না পুথোকখিবনা "বঙ্গদর্শন" কৌরম্মী।

দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর ইনাক-কৈরাক থুনবা অমসুং মথোক-মওই লৈবা মীগী মচানুপা অহুম্নি তৌইওমহুং মপানা মচিন্না হায়দোক্লবা রা কায়হম্নীদেবদগী চহী কয়া চুপ্না মহাক

চুরগী ইচম চমা পুন্সি মরেন্দা লেরম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর নে কপা মতমদা ইমুংসিগী লন-থুমগী ফিবম হারগীহুদা থরমথৈ হঙ্গিন্নরক্লম্মী অহুমু মুখান-কৈবানদি য়াম্না চন্না পাম্নম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ময়ায় ওইনা পানবা ইমুং অমগী মচা-মচুদোনা শেৎ-চারম্মী। অদুমদি ওইরগা অঙাং ওইরিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা কলকাতাদা লৈবা মাগা হৌমিন-কামিন্নবা ময়ায় ওইনা পানবা ইমুংগী অঙাংশিংগা য়াম্না থেম্নরম্মী। অঙাং ওইরিবা ঠাকুর ময়ায় ওইনা পানবা ইমুংশিংগী অঙাং অতৈগুম্না ময়ামগা তিন্ন-তোৎনবা ফংলম্নদে। মচা তরামন্নাগী ইতোন তোনবা মচা ওইবদগী মমানা ময়াম্বশিংবু লুনা তোৌথিবা অদুগুম মাবু লুনা তৌবা ঙম্নমদে। চহী মরী নত্রগা মঙা শুরকপা অদুবাইদগী হৌনা মমাগী নাক্তগী লোথোক্লগা যোকচবীশিংগী নাক্তা মাবু থমথিরম্মী। মহাক্না ইবা "জীবন-স্মৃতি"দা মহাকপু মীনাইশিংনা চথোকহনথিদবা, মহাক্না মীনাইশিংগী লৈফম দলালগী অহানবা মথোলগী কাগী মিহুৎ অমদগী মচেৎ থজিক্ত মউবা লোংমদোন মালং অমস্থুং অরাম্না চীংমানগী দৃশ্যবু পূং কযা চপ্না য়েংথিবা অমস্থুং মহাক্না কমদোনা মাগী অঙাং ওইবগী রাথম্না লৈচিনথক্তা তোংহুনা অমস্থুং মুংশিংকা ইরোইননা পাইমিন্নথিবা হায়বনচিংবত্থ ইরি। কবি অমগী হৌনবী রাথল থনবগী অমস্থুং কল্পনা তৌবগী মতৌবু মফম অদুদা অস্থ্না শেমগৎপা হৌথিরম্মী।

রবীন্দ্রনাথনা অহানবা সাহিত্যগী মহাও থঙথিবসি মহাকপু শেম্নবা মীওইশিং অমস্থুং মাগী পরিবারগী অহল-লমনশিং থরদগীনি। মথোয়না কৃত্তিবাস অমস্থুং কাশীরামগী কবিতাশিং লাউনা লাউনা পাম্নম্মী, দাশরথী রায়গী অহৌবদা চপ মান্নবা ময়েক্লা হৌবা কবিতাশিং থীম্নম্মী অমস্থুং মধু কাননা লেংবা ঈশৈশিং শক্লম্মী। কৃত্তিবাসনা লেংবা করুণ রসনা থলবা রামগী বারী কাশীরাম্না ইবা মহাভারতকী অঙকপা বারীশিং, দাশরথী রায়গী কবিতাগী অঙকপা থোম্থোক অমস্থুং মধু কানগী পুক্লিং হনা মুংশিন্নবা ঈশৈ পুম্নমক অসিনা কল্পনাগী ইম্নাংদা তাউন্নিবা অঙাং অসিগী থম্মোয়দা ইহান হানবা ঈথিল পোকহল্লম্মী। মথংগী অসিগুম্বা সাহিত্যগী ঈথিল হৌহনথিবনা মাগী ময়াম্বা অহল দ্বিজেন্দ্রনাথনা "মেঘদূত" থিবা তাম্ন্নবদগীনি। মতম-হুদা মহাক সংস্কৃত মুপথঙ থঙলমদে তৌইগুম্বস্থুং কালিদাসকী কবিতাশিংদা য়াওন্নিবা ঈশৈগী রল তাক্রবদা মহাক পূমগুম শুমহৎথি। চহী কয়ামুক্তী তুংদা মহাক্না কবিতা অহুমক ইনৌ লোনা পাক্রবদা অঙাং ওইরিঙৈদা থোনা ম্ন্নবগী থৌদোবু পামহুনা লোংচু চমিংশিংদা মীনাইশিংগী লৈফম রুমগী মিহুৎথোক্লগী লৈচিন লোংফাই য়েংচনা লেনথিবত্থগী শোইন্নবা মমিনি হায়বা থঙলক্নবা মাগী থম্মোয়দা ফাওথিবা ঈশৈগী অহুক্তা য়েম্না মথৌ শঙথিরম্মী।

পাথং মতুং কাবাশ্রিঙৈদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা জয়দেবগী লুরবা ছন্দা ইবা ঈশৈশিং খঙননবা কন্না হোৎনরম্মী অমসুং বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাসশিং অমসুং অতৈ বাংলালোনগী পাবা য়াবা লাইরিকশিং ( বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসশিং থরদি "বঙ্গদর্শন"দা মথংশিংনা ফোঙলম্মী ) অয়াম্বা পাবা লোইরম্মী অমসুং চণ্ডীদাস অমসুং লৌনা ফোঙলকপা বিদ্যাপতিনা ইবা বৈষ্ণব পদাবলী থরম্ব পারম্মী। মহাক্না পাবসিগী মতুংদা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী কবিতাশিংনা থোইদোকপা প্রভাব তাহনবা ঙম্লমদে। অহোইনহুম মহাক্না "মেঘনাদ বধ" কাব্যবু য়ানিংলমদে। মসি "ভারতী"দা ফোঙখিবা সমালোচনা অহুদগী থঙবা ঙম্মী। মসিগী মরম থোইনা অকুবা নত্তে। কাব্য অসি তয়নবা লাইরিক অমা ওইবদগী মাগী য়ুমগী ওঝা, পণ্ডিত অমনা মাবু লাইরিকসি নমহুনা পাহল্লম্মী; মরম অসিদগী আধুনিক বাংলা সাহিত্যগী মশক নাইরবা কাব্য অসিনা মঙোন্দা থোইদোকপা ঈথিন পোকহনবা ঙমখিদে। মহাক ইংরেজী কবিতাস্ত যাম্না হরাওনা অমসুং মশাগী ওইজবা খঙনা পারম্মী; মসি পাবদা রাজনারায়ণ বসু অমসুং অক্ষয়চন্দ্র চৌধুরী হায়বা ইংরেজী সাহিত্য পামজবা অমসুং বাংলা গদ্যদা ফজনা ইবা ( চৌধুরীদি পদ্যদসু ফজনা ইবা মীশক্নি ) মীশকশিং অসিনা মাগী মতেং পাংবীথি। মতমদুগী বাংলা কবিতাশিংগী মতুংদা নহা ওইরিবা রবীন্দ্রনাথনা মথরায় হেক তাখিবসি মথোয় থ্বাইবু হনবা ময়াম্বনা ইবা "স্বপ্নপ্রয়াণ" অমসুং বিহারীলাল চক্রবর্তীগী "বঙ্গসুন্দরী" অমসুং "সারদামঙ্গল" হায়বশিং অসিনি। চক্রবর্তীগী মফমদা ঠাকুর শ্রদ্ধা য়াম্না লৈরম্মী অমসুং চক্রবর্তীগী কবিতাশিংবু থ্বাইনা খঙনখ্রিবসি মাগী মপান্দগীনি। অমরোমদা দ্বিজেন্দ্রনাথকী প্রভাব রবীন্দ্রনাথকী মফমদা ওন্থোক্না কন্না তাখিরম্মী, কবি অমুক হায়গনি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মরাম্বগী কবিতানা পূমক্তম শুমহৎখিরম্মী। চহী যাথেরোমগী মতুং মাগী পুন্সি লোইরমদাই মতমদা অঙাংশিংগীদমক ইরকপা মাগী মেঙলবা থোম্থোক্তা য়াংলপ ইবা কবিতাশিংদা প্রভাব অসিবু ফজনা ফোঙদোক্লম্মী। ঠাকুরনা ইবা চিঠিগী মওংদা ইবা খুৎইশিং কুম্না নৈনহুনা য়েংবদা ময়াম্বা অহনগী অমসুং মপাগী প্রভাব তাই হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

হৌগ্রবা সাংস্কৃতিক চৎনলোনচৎপু হৃক্তিরবা হোৎনবগা লোয়ন লোয়ননা হৌরক্লিবা জাতীয়তা আন্দোলনগী অহানবা হৌরকফম ঠাকুর পরিবারনা ওইরম্মী। মরম অসিনা ঠাকুরনা নহা ওইরিঙৈগী ঙাওরিঙৈ তাঙ্গাদা ইখিবা খুৎইশিং মরৈবাক হুংশিবগী রাজকনি অমসুং খুৎইশিং অসিদা হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী কবিতাশিংগী ( মরুওইনা ভারত সঙ্গীতকী ) প্রভাব চঙই হায়বসি মশানা চঙকম থোকপনি। ঠাকুরনা অহানবা কলকাতাদগী থাপ্না চৎপগী থোঙচত্তি মশাগী চহী ভবানিথোই জরকপা মতমদা মশানা

পুন্না পতানবকী হিমালয়গী চীং লমজমলা চংখিবা খোঙচৎ অহুনি। মসিনা মরম ওইদুনা মাগী অহানবা কবিতাশিংদা (১৮৭৩-৭৫) চিয়ালমবু তঙনা লৈবাক্তী, মসিদা ইরিবশিংদি পুংময়না চংশিনবা মথেলগী কন্নাগী রাজী মরুনি। কবিতাশিং অসিদা অতমদুদা মহাক্না শাখিবা ভারতকী অমসুং ইংরেজী কবিশিংগী প্রভাব তারিবদু উবা ফংই।

টোমাস চেটরটনগী "রাউলি কবিতা"-গা (*Rowley Poems*) মগুং হায়ফেৎ লৌদুনা কবিগী মিংচৎ ফংগে তারক্নিবা নহা ওইরিবা মীশকসিনা বৈষ্ণব গীতি কাব্য খুৎই নমুনাদা মরু ওইনা বিদ্যাপতিগী খুৎইদা ইরকপতু ফনা য়াম্না মহৈ য়ানখিরমী। কবিতাশিং (নত্রগা ঈশৈনি হায়রমকত্ত য়াররবা, ঈশৈ ওইনত্ত ইরবা অমসুং থরা লৈরগা শুর পানখিবা) অসি বৈষ্ণব কবিশিংনা তৌখিবগুম্না কবিগী মমিং অরোইবা ছত্রদা হাপ্লমী অমসুং মাগী মমিংনা ভানুসিংহ নত্রগা ইচম চম্না "ভানু" (১) হায়না থারমী।

ভানুসিংহগী কবিতা "ভারতী"দা অহানবা হেক ফোঙলকপদা (১৮৭৭) সাহিত্য জগতা অঙকপা ঈহো অমা হৌরমী। মরমদি মসিগী কবিতাশিং অসি থ্রাইনা ফাউনগ্রবা বৈষ্ণব কবি কনাগুম্বা অমনা খুৎনা ইরম্বা অরিবা লাইরিক অমদগীনি হায়না খাঙনরমী। ঠাকুরদি কবিতাশিং অসিগীদমক পংথন থনখিবা নত্তে, অদু ওইদুনসু মথোৎতা অসি ইরিবা খুৎই তরাতরেৎ শুবা শতাব্দীগী তুংদা ইরকপা বৈষ্ণব কবিতাশিংগী খুৎইগী মওংনি হায়বসিমদি লেঙত্রবা বানি। জয়দেবগী ছন্দ অমসুং বিদ্যাপতি অমসুং গোবিন্দদাসকী কবিতাশিংবু কুপ্না খিজিন্দুনা হোৎনখিবনা লৌরিবা কবি অসিগী খুৎই অতুম্না মপুং-ফাবা কাখিবনি।

রবীন্দ্রনাথকী অনীশুবা ময়াম্বা অমসুং ভারতকী ইণ্ডিয়ান হানবা আই, সি, এস, সত্যেন্দ্রনাথনা মনাউবু আহমেদাবাদতা পুরমী। মফম অদুদগী অমুক মাগী ইমুং-মচুংগা লোয়ননা রবীন্দ্রনাথপু ইংলণ্ডদা সাল ১৮৭৮ গী সেপ্টেম্বর থাদা থাখিরমী। রবীন্দ্রনাথ মফমদুদা উকীল ওনগা মহুগী শিনফম পাররগনি হায়না ময়াম্না থরমী। তৌইওমসুং মদু ওয়-তৈনখি। অতোপ্পা দেশকী লাইরিক তম্ফমশঙদা য়াম্না রাইশংনা অথিং-অরাক

---

(১) "ভানু" হায়বা ৱাডেসিংগী অচাবা অর্থ অমদি রবি (নুমিৎ) হায়বনি। রবি হায়বসিনা মাগী মিংগী অহোংবা য়াওদ্রেনি অদুগা সিংহ য়াওরবসিনা ঠাকুরগী মহুৎ শিনবনি। (অদি বিদ্যাপতিগী কবিতাদা য়াওবা শিবসিংহ হায়বদুগী (লৌবা ওইবা য়াই)। মতমদুদা মহাক্না "ভারতী"দা হাপখিবা প্রবন্ধশিংদা মাগী মমিং মখাগী "ভা" হায়রিতা থাইরমী)

অমত্তা য়াওজনা লাইরিক অমা কাওজনা রবীন্দ্রনাথ লাইরিক তম্ফমগী হায়বসিনকনু অকিবমা পোক্লম্মী। মরম অসিনা মহাক সাল ১৮৮০ গী ফেব্রুৱারী থাদা মহৈ-মশীং তম্নুবগী মাঙ্গতা অমত্তা লৌরক্তনা। মমুমদা হল্লক্লম্মী। তৌইজবসু মকমত্তুদা লৈরুবহু ইকান কায়দবদি নত্তলমদে। মকমত্তুদা লৈরিঙৈদা মাগী থেংনখিবা মীওইশিংনা মাবু নুংসা তৌখিবা অমসুং মথোয়গী লমচৎ-শাজৎনা মাগী থম্মোয়দা হৈনিংবা পোক্লম্মী অমসুং মাগী তুশোন-মানশোনবা অমসুং ইকাইখিবা পূমনমক মাঙহল্লম্মী। মহাক্না তাখিবা লণ্ডন য়ুনিভর্সিটি কোলেজগী আধ্যাপক হেনরী মোর্লীগী বক্তৃতাশিং অদুনা মতোঙ্গা অনৌবা থৌনা হাপ্লম্মী।

মহাক্না ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা ইখিবা কবিতাশিং গীতিকাব্যগী হৌনবী থম্মোয়দা ঈছন পোকহনবা ওন্না মশাগী ভাব থরা য়াংলপ তায়বসু মথোয়গী থোঙাং মৈবদি হৌরক্লম্মী। মমুমদা হল্লক্লবা মতমদদি মসিগী স্বর অসি হেন্না ময়েক শেংহনবা ঙমখিরম্মী। মাগী "সন্ধ্যা সঙ্গীত" (হুমিদাংবাইগী ঈশৈ, ১৮৮২) কৌবা কবিতাগী লাইরিকসিদা ইরিবা খুৎই কবিগী হৌনবী থম্মোয়গী ঈহৌ পোকহনবদা থরা য়াৎলবসু ভাব কল্পনাদা ময়েক শেংফাত্রবসু রবীন্দ্রনাথ কবিতা ইবা অমা ওইনদি চোংথোক্লক্লম্মী অমসুং মহাকপু কবি অমনি হায়না চপচানা থঙনত্রবসু মহাক মশাগীতা ওইজবা খুৎইসিনা মতমত্তুগী সমালোচকশিংনা শক থঙনরবা কনাগুম্বা কবি অমগী খুৎইদা তাংত্তুনা রবীন্দ্রনাথনা ইদে অমসুং মহাকীদি পূমতোপ তোপ্পনি হায়বসিদি থঙনরম্মী। কবিতাসিগী বিষয় অসিনি হায়বা অকক্নবা মওং নাইদে, মসিদা কবিনা ফোঙদোক্লিবা হায়বনু তাইবংপান অসিনা থোওইবীদবা অমসুং মহাক্নসু তাইবংপান অসিবু লোইননীংদবা অসিগী মমক কবিগী পুক্নিংদা নীংবা কায়বা অমসুং হুংঙাইতবা পোক্লিবা অসিনি। মুগা মহুম তিনগুম্না পুক্নিংগী অনুভূতিদা কবি মশামক শুয়ো লাংয়েৎনত্তুনা লৈরি। তৌইগুমসুং কবিগী পুক্নিংদা পোকখিবা অরাবগী মশক ওইরবা আবেগ অসি নহা ওইবগী হৌনবী রাকল ওইনতা মতৌই অমসুং ইরাই লাইনা অদুম মকোকথি হায়বসি মাগী মথংগী কাব্যগী লাইরিক "প্রভাত সঙ্গীত" (অহুবী ঈশৈ, ১৮৮৩) হায়বসিদা উবা ফংই। হৌজিক তাইবংপান পূমনমক কবিগী মকমদা তঙ্গপ তরেং ঙাম্মোয়রে। কর্মনা থল্লবা পুন্সি ঈচেলগী ইরাউথোলগা লোয়নরবা ঈথক-ঈপোয়শিং মতম অমুপ কুইনা উবা ফংলতনা লৈক্লবগী তজেক-তজেকা অমসুং হন্নাও-তয়ান্না কবিগী থৌরাংলবা মিৎনা উবা ফংজরে।

জগৎসিদা ঐহাক করিমত্তা পাম্মদবে,
লেপ্পনীদনে য়েংহনতা হংতাই-ঈরাংদা

তাও, কাওখোক্‌না ইশাবু, চিনবান
য়াম্না কাংদে।

মথংগী কাব্য লাইরিক "ছবি ও গান" (অশ্রেকপা লাই অমসুং ঊশৈ, ১৮৮৪) হায়বসিদা হাম্না ইশ্রবা কবিতা থরগা ঊশৈ থরগা য়াওই। মখোয়সিগী মহুংদা কবিতা অনীথক থোইদোক্না শীংথাবা য়াই, মখোয়দুদি, 'রাহুর প্রেম' (রাহু হিংচাবগী নুংশিবা) অমসুং 'আর্তস্বর' (অন্না তেংথাখোল) হায়বসিনি। অহানবগীসিদা নুংশি ঊথো লাংববু য়াম্না থোৎ-মেজ্না ফোঙদোকই অমসুং অকোনবগীসিদনা পুম্নিংদা মিহৌবগা লোয়ননা হৌরক্লিবা থৌরাং-মৈচাকপু মম্নবা অমসুং নোংলৈ-নুংশিৎ শীৎলবা অহিংগী তমথিরবা শক্তম ওইহল্লি। নোংচুবা অহিং ঠাকুরগী কবিতাদা অর্থনা থল্লি, মসিগী মতৌসি "ছবি ও গান" হায়বা লাইরিকসিগী কবিতা কয়ামুক্তা উবা ফংই। মৈ হৌবগুম শান্নবা হুমিৎ মুংবগা নুংশা মৈশাবুস্ত অর্থ লৈহল্লি। মসিগ্যা মতৌসু হায়রিবা কবিতাগী লাইরিকসিদা য়াওরিবা কবিতাশিংদা ইহান হাম্না ফোংদোকই।

"ছবি ও গান" অমসুং "কড়ি ও কোমল" (অয়াকপা অমসুং অ:মেঙবা, ১৮৮৬) হায়বা কাব্যগী লাইরিকসি ইরিবৈ চৈরক্তা কবিগী লেপ্‌-পৌ ফংদবমথৈ লুরবা থম্মোয়মনুংগী অহুভূতিবু ঊথক হৌহনথিবা অমসুং মাগী থ্বাইদগী ফজরবা কবিতাশিং ইহনথিবা মাগী চান্নরবা মরূপ (মতৈমা অমা) ইখও থঙহৌদমা তাইবংপান থাদোকথিবনা কবিগী পুক্লিংদা কোকওমত্রবা অন্না-মৈচাক পোকথিরম্মী। মতুগী চৈনাথোল অকিবগা মশক ওইরম্মী অত্তুবু কবি ভাবনাগী ঊহৌ হৌহন্নবগীদমক্তদি মসি ওম্থোন্না কান্নরম্মী। থৌদোক অসিনা কবিনা মশাগীতা কান্নবা য়েংহনা কল্পনা তৌরম্বগী ভাবপু মাওহল্লম্মী অমসুং পুক্লিংগী ভাবনাগী অচাবা ফিবম লেপ্পদা অমসুং আবেগকী অচেৎ থোঙফম শেম্বদা মত্তেং য়াম্না পাংলম্মী। মসিনা মরম্নাই মশা মতোমতদা ফাওথিবা অন্না-মৈচাকপু আধ্যাত্মিক মিলনগী ভাবলোমদা তারক্লবগী অন্নাবা থুদমগী মশক ওইরম্মী অমসুং মসিনা অনুভূতি, কল্পনা, মীনুংশি থঙবা অমসুং পুক্লিংনা নীংলিববু ফজনা ফোঙদোকহনবা পূর্ণমক অসিবু লোনশিন্দুনা থম্নবা থোঙশিংবু হাংদোক্লনবগী সনাগী শোজৈ ওইন্নকই। অশিবা মমল নাইত্রবা প্রতিরূপ ওইনা মাগী কবিতাশিংদা হেক হেক য়াওন্নিবসিগী হৌন্নককমম্ন মসিনি। অসিগুম্না অন্না-মৈচাক ফংথিবসিগী মহৈদি মহাক্না ইন্নিবশিং করিনো হায়বদু কবিনা মমূৎ তানা থঙবা ওন্নম্মী। মসিনা অমূকসু কবিগী মফমদা থোৎ-লৌয়বা রাখল শোকহল্লি, ফজবগু শৈথাবদা মনীং তমহল্লি, পুম্নিবু থোইনা চন্নথোয়া থিজিনহল্লি অমসুং থোইথুম্নবা লোন অমসুং অচাবা ছন্দদা ইহল্লি। অম্না ঠাকুরনা কবিতা ইবগী শিন্নদা মপুং-মথৈ কাবগী অহানবা থোঙফমদা থোঙজাবা ওমথি।

ঠাকুরগী থৌরাংইদগী ফজবা মুংশি-মুংওনগী কবিতাশিংগী নমুনা খরা "কড়ি ও কোমল" দা য়াওই। তোঈঙবসুং কবিগী প্রেম কামনাদা হকচাংগী তোংশাতবু ঈথৌলাংবগী য়াওরবা রস তুংকোইনা লৈখিদে।

অপাম-মিহৌবগী অরেম্বা রাখল নোংমা-নিনিগীদনি;
মাঙথরে মায়া, লৈহৌদরে অমত্তা।
মোত্রবা পাম্বোম্না কোল্লম্বা তাথরে তত্তুনা,
শুমহৎনিংঙাই মীৎয়েংদো অমুক শুমহৎনদরে।
অমম্বা অহিংদো থঙদে অমবু অমনা;
লৈপানথানা লোইবদা শক্তরে ঈশৈ উচেকশিং।

"মানসী"গী (পুরিংনা তাজবী, ১৮৯০) কবিতাশিংনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিত্বগী মপুংফাবা মতৌবু ফোঙদোকই। ঈশৈগী শুরদা ইবা শৈরেংশিং "সন্ধ্যা সঙ্গীত" তগী হৌরগা "কড়ি ও কোমল" দা লোইশিনখ্রে। হৌজিক্তি ভাবনা অমসুং আদর্শ অনী অমগা অমগা মূল্লরিবত্নগা কবিগা মাযোন্নররে। মায়কৈ অসোমদগী য়েংবা তারবদি 'নিস্ফল কামনা' (অরেম্বা তারবা অপাম্বা) হায়বা কবিতাসি য়াওরিবা মফমগী অদ্ভুতা নত্তনা কম্বা কল্লেংনন', চাং মান্নদনা অমসুং ছন্দ তিম্নদনা ইবা খুৎইসিনসু য়াম্না শীংথানবা য়ারবা অসিগুম্বা মথল অসিগী কবিতানি হায়বা য়াই।

শিন্নাইদবদো লোত্তুনা থম্নিবা নঙোন্দা,
কদায়দা লৈবগে? অমম্বা সন্ধ্যাগী আকাশতা
থোক্লিবা থরান্নিচাকশিংগী মরক্তা
তঙপ-তরেং ঙাল্লি স্বর্গগী অথুপ্পা রহস্তগী
মঙান্না, নঙগী মিৎকী মম্না-মূরবা লৈথাদা
ঙাল্লি অসিগুম তনীক তনীক আত্মাগী
অথুপ্পা রহস্তগী মৈরীনা।

কবিতাশিং থরদা প্রকৃতি অমসুং পুন্সিবু ফজনা য়েক্তুনা তাকই। প্রকৃতিগী ফজবা দৃশ্যবু কলমনা য়েকপগী মওংদা ইথিবা নমুনা অমদি মথাগী সিনি,

লোইশিন্নক্লে চাকচামাঙ অদুবু
লেঙদনা লৈরি মুংঙিন্দি।

নোংময়ুমা লোইরমলাই
চোকখনা উরে হুমিত্তু,
অদুবু হৃমিংদরি হৌজিককাও।
লৈরি য়েংতুনা পৃথিবী, লৌথিরোই বিদায়।
থক্তা পাইরিবা নোংগী নোংলক্তা
লৈরিদো কোয়ো নোংজা, লৈরি
চাইত্তুনা লৌদুক লমহাংদা, লেল্লি
তনিক তনিক তুরেল ঈপান
লাইজ-থক্তা; লেপলি হৌজিকসু
লেডদনা তাহন্দুনা শাংলবা মমি
পুম্রী মপান্দা, লম্বী লমশাংদো।

"মানসী" গী কবিতা খরদা মহাক্না মান্না ফজবা রাথল লৈবা দেশকী লুচিংবশিংগা মহাক্না রাথল খেন্নরুপগী চমন্নবা মতৌবু তাকই। হিন্দু ধর্মগী কা হেক্লিনবা আবেগতগী ওইবা রাথলবু য়ানিংদবগী রাফম কয়া মাগী কলমদগী চেন্থরকথি। সহরদা লৈবা কাডবুগী খুরবা অমসুং মশাগী কান্নবতা হোৎনরিবা শাজৎ অমসুং মীৎয়েংবু উক্নরগা মীওইপোক্কী তাঙলবা লন অমসুং শক্তিবু ঈংখো লাংলিবা কবিগী মফমদা চৈনা অমা কাওরম্মী। রবীন্দ্রনাথনা য়াম্না য়ানিংথিত্রবা মতমদুগী হুংঙাইবতা মপাঙ্বা পুন্সি মরেনবু সমালোচনা তৌহুনা মাগী থ্রাইদগী শাক্ত কল্লবা অমসুং মচিন খৌরবা খুৎইগী কবিতাশিং "দুরন্ত আশা" (মপান নাইত্রবা আশা) হায়বসিদা ময়েকশেংনা ফোঙদোকই। কবিতাশিং অসি কলকাতাদগী গঙ্গা তুরেলগী তোরে মথক্রোমদা মাইল চামরী লাপ্পদা তাবা গাজীপুর কোবা মফমতুদা ইথিরনি।

"মানসী" ফোঙত্রিউ হেক মমাঙদা ঠাকুর ক্রান্স কাওরগা ইংলণ্ডদা মতম থরদং চৎলম্মী (আগষ্ট-ওক্তোবর, ১৮৯০)। ময়ুমদা হল্লক্রবা মতুং থা থরা লৈরগা বাংলাগী অরাংথংবা মরাম লমদমদা অমসুং উরিষ্যাদা লৈবা মখোয়গী মরম্নাই জমিদারী য়েংথোক-য়েংশিন তৌবগী থবক মতোন্দা শিন্নরম্মী। অসিদগীদি অয়াম্বা মতমদা মহাক শিলাইদহ, সাজাদপুর অমসুং নদীয়া অমসুং পাবনা জেলাগী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদা লৈবা য়েনেজরশিংগী মুম মুমদা নত্রগা লমদমশিং অসি কাওহুনা তুরেলশিংদা হিখক্তা তোংদুনা লেনবা তারম্মী। অদুম্না তুরেলগী মনাক অমসুং অকোয়বদা তান্নিবা লমশিংগী অমসুং খুঙংশিংগী মীওইশিংগী পুন্সি মরেনগা মতম শাংনা অমসুং

চাম্ন-চিন্নবা লেনমিন্নরকপসিনা মহাক প্রকৃতি অমসুং মীগা হকশেংনবা শক খঙনখিবগী অমসুং মানা ইথোক্নরকপশিংদা মসিগী মসুং হৌজিক্নবা অচুম্বা শক্তমগী প্রভাব ফজনা তাই। হায়ব্রিবা মতমসিগী অঙনবা শরুক্তা ইখিবা কবিতাশিং "সোনার তরী" (সনাগী হি, ১৮৯৩) কৌবা কাব্যগী লাইরিক্তা থোমজিনখিবা অসিদা প্রকৃতিগা অহানবা থেংনচেন্দা মঙোন্দা য়াওখিবা ব্রাথল অমসুং তাইবংপান অসিগী মীওইপোকী পুন্সিবু অসিনি হায়না মহাক্না থাজখিবা পূন্নমক ময়েকশেংনা ইরি। "সোনার তরী" হায়বা মমিং অসিমক অর্থ য়াম্না লৈরা মিংনি। ফংবা উন্নরোইদৌবী 'পামজবী মহাক্তো' "সোনার তরী" (সনাগী হি) দতা মতোংগনি।

মীওইপোকী পুন্সিবু য়েংবা মীৎয়েংদা অমসুং শঙজিনবদা "সোনার তরী" দা থেংনরিবা কবিগী শীংখানবা য়াববা মীৎযেং অমসুং ব্রাথল অতুদগী কবিনা মতমমতুদা ইবা হৌরকখিবা ব্রারী মচাশিংদা য়াওরিবা অতনা হঙ্গরমদে। হায়রিবা ব্রারী মচাশিং অসিদা য়ায়দি চম্না হিংলগা ইচংথোবা অমসুং মী অমগী হৌনবী মনীং তম্না হিংলিবা পুন্সিগী মশকপু অঙকপা ফংবা থৌনাগা লোয়ননা কবিনা উৎলি। কবিতাগী লোন লৌম্নি থোইরীনা ই অমসুং ইচম চম্বী অতুগা কবিতাদা য়াওদবা শদোংগী শরুক্না গন্ত খুৎইদা য়াওই। ৭পক অমসুং হেক্লোইগী ব্রারী মঙং মানবা য়াওরিবশিং অসিনা মথোয়সিগা ব্রারী মচাগা লৈনবা মরীবু তাকই। মসিগী হৌরকফমগী ব্রা মাগী 'বর্ষা যাপন' (নোংজুথা লেনবা) কৌবা কবিতাদা কবিনা অতম্না পল্লম্মী:

:লাইবা নাইদা ডাঙনথিবা ব্রা চাম্ম চাম্ম,  
শাৎপা ঙমদা থুইখিবী লৈরাং কয়া কয়া,  
থঙবীথিদ্রবা মীওইপোকী পুন্সিনা কয়ামা,  
শকপীথিদ্রবা মিংচৎকী চ্চিঙ্গল মরীক মরীক,  
য়াম্নবা পোৎলুম, য়াম্নবা অকিবা, য়াম্নবা মরাল,  
হৈথরক্লি লেম্না নাইদা অহিং-হুংখিল,  
পৃথিবী শিম্না নোংগী ইরীকুম;  
খুদক্তা হৌথিবা মিৎকী পিরাং,  
নোকখিবা মিনোক, শিম্নরি, নোক্লি  
মশীং লাকঙমদনা, অতুগা তারি ঐনা  
মথোয়সিগী নিল থোংবা লোইবা নাইকনা।

"সোনার তরী" গী তোপ তোপ তান্নবা কবিতাশিং, হায়বদি, 'যেতে নাহি দিব' (চৎহল্লোই নত্তবু ঐনা) 'সমুদ্রের প্রতি' (সমুদ্রগী মফমদা) অমসুং 'বসুন্ধরা'

( পৃথিবী ) হায়রবা কবিতাশিং অসিদা কবি মশানা মাগী থম্মোয়মহুংদা হৌথিবা ঊহৌ-শিংদগী অপাম-মিহৌবগী অমসুং নীংঙমহোদবগী য়াথঙ্গা লুপ্ত্না তেল্লবা মিকূপ থরদগী চেল্লবা মীওইপোক্কী পুন্সি লেপ্পা লৈতনা লোইবা নাইদনা অসুম অসুম চেপ্পি হায়রবসি থঙলকই। পীক্লিবী মচাহুপীনা মানা মমুমদগী চৎলমদাইদা কপ্ত্না মঙোন্দা 'ঐনা নডবু চৎহল্লোই' হায়খিবদু লোইবা নাইদনা অহাঙবা মালংসিদা খোঙ্বাং য়েহৌরি। য়াহৈশিং অসি ইমা পৃথিবীনা মতম্বাক্তা তুঙতুনা লৈরিবা মহাক্না মতম শাংনা হিংহনবা ঙম্রোইদোবা পিক্ক পিক্কবা থৱায়মিশিং অসিগীদমক তেংথাথিবা থম্মোয় শোক্কবা মিকপথোক্লি।

লোইনাইদবৈ বাশিনা তেংথাবগুম
লৈশি-লৈথোন য়াওদনা কংলবা লম্বহাংসিদা
মালংপানগী, অমদি ক্রমহনবগুম পৃথিবী
অরা-হকশোক-লাং, শম্লাং চোইনা তা
গঙ্গা তুরেল তোর্ব্বান্দা অৱাপ্পা ম,-মরাংগী
লৌবুক্তা সনা মচুগী য়াক্কবা চরৈ ফিবু ইন্
তাম্না তাপ্রিবা শংবানবা ওমথৈবু
শংত্রিক য়েং, চিনবান য়ারা কাংদা।
অরা-মৈখু লাংলবী, খোইথুমবী
মায়খোংদো উরম্মী ঐনা খোঙগী
খোঙবা নক্কা লেপ, য়াবনা হুংবংনরবী
চহী মরীতা মঙাইরিবী ঐগী ইচানুপীগুম।

'বসুন্ধরা' কবিতাদা কবিনা অমুক্তা হেন্না মথা লুথনা থিজিল্লি। মহাক্কী থম্মোয়গী মিহুনফমদা প্রাণ সৃষ্টিগী মথায় থায়নগী অনুভূতিবু ফাওরকই অমসুং মহাক মশাগী আত্মাগা ওমথৈ লৈত্রবা মতম অমসুং মালংপানসিগী আত্মাগা অমত্তা ওইবগী মতৌবু মরি-শামি উবকই। মসি থায়না ভারতকী ব্রহ্মবাদকী মতকা হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিক সৃষ্টিবাদকী সিদ্ধান্তগা অনৌবা মওং অমদা পুনশিন্নহনবনি। কবিতা অসিদা পোকপা শিবগী চাংজৌহুংদা হোরক্লিবা উরিবা, তাব্রিবা, মনম-মহাও, ভাব-রস অমসুং হিংলিঙৈ পৃথিবী অমসুং প্রকৃতিগী অনুভূতি পুন্নমকসিগা লোয়ননা কবিনা পৃথিবীবু মথৱায় পুন্নমথৈ হুংশিজবদু কোঙদোকই।

ঐগীনি নহাকশে পৃথিবী চহী কোটি
কোটি কয়াগী। থৰীৱক্কে নহাক্কা ঐবু

লোত্নুনা উতুক্কা, ওথৈ লৈত্রবা
অহাত্তবসিদা, লৈতুনা লৈতুনা লৈরক্লিবা
তুমিংকী অকোইবদা নঙগী চোকথবা
নাইত্রবা খোঙআংনা। … অসুম্না
নোংমদি ফম্নিঙে ইথক্তা ইহাং হাং
পদ্মা তুরেলগী তোর্বান্দা তুমহৎপ্রবা
ইথিৎসিনা ঐগী অসুম অসুম য়েংহুনা
ফাওরকই ঐগী হকচাং কায়াত্তা,
ঐগী পুক্লিংদা লৈতক্লাই লৈথাদগী নাপীগী
পিক্লবা লেন্দু মরানা তনিক তনিক
থিঙৎলক্লি ময়োন করম্না।

খোইদোক হেন্দোক্না মতুংগী অর্থ লৈবা কবিতাশিংদি অহানবা অমসুং অরোইবা কবিতা অনীসিনি। অহানবা কবিতাসিগী মিংদা লাইরিক্কী মখিং থোনখিবা অমসুং খ্বাইদগী চম্না ইবা কবিতাদি ওইরগা অপাবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মত থেম্নখিবা ঠাকুরগী কবিতা অসিদা পদ্মা তুরেলগী তোর্বান্দা কুমগী অহানবা নোংজুগী চঙখোল্লবা দৃশ্য অমা য়াওরি, মসিদা পীরিবা প্রকৃতিগী ধ্বনি অমসুং রূপ অমগা অমগা তাল-মেল চানৈ। শিজিন্নরিবা রূপক য়াংই অদুবু মগুণদি চাউই। মীগী অচৌবা অমসুং অচুবা পুন্সি হায়ববু মী মাগা মাগীদমক শেমখিবা তাইবংপানসিগী পুন্সি ঙৈচেনসিগা (হায়বদি অমগী মথংদা অমা লাকশিনবা) মরী লৈননা ইয়োইননা চৎলিবসিনি অমসুং মসিনি হিংলিবা মী অমদা য়াওরিবা শিবা নাইত্রবা শরুক। হেন্না চাউরবা পুন্সিগী কান্নবা থৌদাং য়াবা ওমত্রবা ব্যক্তিগতগী অহুঙবা শরুক অদুনি মী মশাহুগী তুংকোইনা থক লৈহৌরোইদোবা মী অমা ওইবগী মগুণ। আদর্শ অমবু কংগে তাল্লিবা মী মহাক্ অসুম্না হোৎনত্রিদৈগী মমাঙদা মমল য়াম্বনি হায়না মহাক্না তানশিল্লবা পূম্নমক থাজোকপা ওম্নবা শেম-শাবা তাই, মরমদি অসিগুম্বা পোৎচাকশিং মতম কোবা শনাগী ছিদা হাপকম লৈরোই। মহাক্কী অরোইবা কবিতা "নিরুদ্দেশ যাত্রা" দা (লমথুংফম নাইদবা খোঙচৎ) 'মানসী প্রতিমা' না নোংচুপ পাংনা হোল্লিবা হিদুবু অঙকপা থৌরোদা নমহুনা মূনখিরমী।

"সোনার তরী" গী ইরোই লোইবা কবিতাগী মতুনা মথংদা কোঙলকখিবা "চিত্রা" (অঙকপগী প্রতিমা, ১৮৯৬) কাব্যগী মপুং ওইবা শরুক অই। 'মানসী প্রতিমা' না হিহোনবী মুলী অমা ওইরক্তুনা তোরবগী, কবিগী বাখল অমসুং আকেন চাং নাইহনবী

অমসুং মাগী লাইবক্তা তমগী খোঙচত্তা তাকহনবীরিবী অহুৎত্তবী তুংকোইনা লেংবনা নৈহোৗগদোৗরবী ভাগ্য বিধাতাগী লাইরেবী ওইরকই। অসিগুবী ভাগ্য লেমরিবী লাইরেবী অসিবু কবিতাশিং খরদা কবিনা মাগী হোৎনজবনগী মহেৎবু কৎচবা হয়াগনা লৌবীরিবী পুন্সিবু মাগী খুঙ্গম মথাদা থবীরিবী লাইরেবী ওইনা পুখোকই অহুগা অতোপ্পা থরদনা মাগী খুনৌ লাংলেৎন্নবা অমসুং খেক-খোংলা চৎলিবা পুন্সি খোঙচত্তা লম শাবিবা অমগুম্মা থম্মী।

"চিত্রা" কাব্যগী 'সুখ' (হুংগাইবা) 'জ্যোৎস্না রাত্রে' (থাবল কববা অহিং অমদা) অমসুং অতৈ অতৈ কবিতাশিং থরদা য়াওরিবা প্রকৃতিগী চিন্তা ইংনা কজবগী মতৌ অমসুং হিংলিবা পুন্সি ইচম চম্নবা মহুংগাই অসিনা কবিতাশিং অসিবু তোপ তোপ তাহল্লি। তৌইগুমসুং কবি অমগী পুন্সিগী মতম পুন্নমক্তা ইংনা চিন্তা থক লেনবা য়াদে। শিবা-নাবা, অবাবা নীংবা কাম্নবা, লাইরবা শাইথুং-তিথুং, হিংচা-য়াইতবা অত্তাম্বগী শাজং পুন্নমক অসিনা পুম্নকোই কোইশিল্লি। কবিগী পুন্নিংদা অসিগুমশিং অসিগী মরক্তা নৈরিবা লমীদা কাওহনা চৎননবগী মতম ওইরক্নে অমসুং থিম্নবা য়াত্রে হায়না থরকই। হৌজিক্তি মীওইবগী ভাগ্য বিধাতা লেপ্লিরিবা মহাক্না কৌরক্নে। মরম অসিনা মহাক্না 'এবার ফিরাও মোরে' কবিতাদা অস্মা হায়,

কনানো নহাক ? থওদে ঐহাক।
মশক থওদে মাখু ঐহাক, অহুবু
থওই অসিমত্তদি মাগীদমক্তি
অমদা অহিংদা চৎলিবসে মানব যাত্রী
যুগ যুগান্তর শাম্নুনা
খেংনমবস্থ নোং-হুংশিং, অথাক-অমাউ,
চেকশিন্না থম্নুনা পিক্নবা
মৈহমলো আত্মাগী। অসিতা
মথওই ঐ ; মাগী মিকোৗগী শৈরোলবু
তারিবা চেনশিনগনি মহাক্না
অকি-অথও নৈতনা খুদোংথিবগী
ইটৈ মহুংদা থাদোকনি মহাকখক্তী
মাগী নৈজবা পূবা অহুগা শাগনি
থবাক লোৗংবা খওং অটৈ পূবা,
অসিবগী শানাউখোল ওইগনি

মত্তোন্দা হংশিন্নবা ঊটৈ।  হক্তিনগনি
মা;বু হিংনা হিংনা চাক্লিনা মৈহৎলা,
কৌগনি মাবু থাজক্কু়না লগাইথেক্লা,
থাজগনি মাবু শিংজংনা, মহাক্না
পাম্জবা পূম্বা ওইহল্লগনি শীং অদুগা
চিংনবা লৈতনা চুপৎকনি মহুবু মরুগী
মৈ চাক্কু়না লৈনবা মানা তুমন্নিক্লাও,
মাগীদমক্তি পূম্নমকসি।  শেগাম্মরগা
মাগী থম্মোয় চৎকনি মতুবু অত্তাংবা
থবাল লৈরাংগুম তিংথোকচগনি
মমাঙদা অচেৎপা ভক্তিগা লোয়ননা,
অমোইবা হৈকৎ-লৈকৎ ওইনা মত্তোন্দা ;
অম্বম তৌনা মহে য়ালহনগনি মপুক্তি
পুক্লিনা লোম্বদা।

মাগী থোইদোক-হেন্দোক্লা থঙনগ্লবা কবিতাশিংগী মনুংচনবা "ঊর্বশী" দা ঠাকুরনা পায়থৎলিবসি ভারতীয় সাহিত্য ইতিহাসকী মরু ওইবা যুগশিংদা নৈনহুনতা লাক্লবা অদুগুম্বা মূলভাব অদুনি। ঋগ বেদদা স্বর্গগী লাইরেম্বী (অপ্সরা) অমত্তুং মাগী নুংশিজবা তাইবংমী অনীগী মরমদা ইবা থ়াইদগী ফজরবা স্তুতিগান য়াওরি। হায়রিবা ৱারী অসিমক তুংদা ইরকপা গদ্য খুৎইগী বৈদিক লাইরিক "শতপথ ব্রাহ্মণ" হায়বদুদা অদুগা থ়াইনা পায়রবা মহাভারত মহাকাব্যদসু য়াওরি। কালিদাসনা ৱারীশিংগী নাটক অমা ইরম্মী। বৈদিক কবিতাদা স্বর্গগী অপ্সারানা প্রেমগী ইরাং কোক্লহুনা মাবু থাদোক্কু়না চৎনবা থোরাং তৌরক্লবদা মর্ত্যগী প্রেমিকা অপ্সারাদুবু থাদনবা কনানা হংশিনা হোৎনখিবগে হায়বদু ফোঙদোকই। বেদকী গদ্য খুৎইনা ইবা ৱারী অদুনা পাকচাউনা কোক্তিদি হায়রবু থায়নগী অরিবা কবিতাশিংগী চাকশিনবগী মত্তোদু য়াওদে। মসিদা অপ্সারা লৈশাবীদু নীংথেমজবী অমগী শকমদা হায়বদি লাংথাক ওইবী নুপী অমগুম থম্মী। মহাভারত ইবা কবিনা ঊর্বশীগী মরমদা হেক পোকপদগী হোনা পাণ্ডবশিংগী মতম য়াওবগী ৱারী ইরি তৌইজনসুং মাগী চরিত্র সুমগী থমনচাউবী ওক্কবী, মাগীনি হায়বা অরেম্বা নুপা-নহা অমা লৈতবী নুপীগী শকমদা শেম্মী। অদুগা অমরোমদা কালিদাসনা হায়রিবা বেদকী ৱারী অমিরক লোক্লনা ইরা কনানা হংশি-হংলগী নাটকা হংশিনবা অনীদু তাইবংপানবিবী নুপা-নুপী ওইখিদি। ঠাকুরগী

কবিতাদা উর্বশী ( অচাবা অর্থদা অপাম-মৈহো পেনবা নাইদবী মুপী হায়বনি ) প্রকৃতিগী সৃষ্টি শক্তিগী হোনবী অপাম-মিহোবী মুপীগী চিহ্ন ওইহল্লি অদুগা মুপাবুনা ফজববু খোয়াংবগী [অমসুং ফজববু শেম্ন-শানিংবগী শক্তক য়াহল্লি। মুপী ওইবীগী মতিক-মগুণনা লৈতেংলবী অমসুং মশক-মতৌ ফজম্নবী মুপীবু পামজবনা মতম চুপ্পদা ডাওচৎনরবা মুপাগী অপাম-মিহোবগী বাবু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মহাকাব্যগী বারীগী পায়বা ফিজংনা য়োমশিল্লগা গ্রীক্কী মুংগুবনা হক্ত্না শেম্নখ্রা নিংথিজরবা মুংডোগী মূর্তিগুম চঙথোল্লবা কবিতা অসি ইরম্মী।

"স্বর্গ হইতে বিদায়" কৌবা মথংগী কবিতা "উর্বশী" ইবা হেক লোইবগী মথং মুমিত্তা ইবনি ( ২৪ অগ্রহায়ণ, ১৩০২ )। মুপী ওইবীশিংগী প্রেম অমসুং পুকচেল খোইজেন ফজবগী মগুণবু শীংথারি। মসি সংসারগী অন্না অনা কয়া থাডত্তুনা মীমুংশিগা লোয়ননা পোকপা শিবা নাইবা মীওইপোক্কী পুন্সিবু নাওকোল্লিবী মুপীগী মফমদা কথোকচবা স্তুতিগাননি। মসিগী ওন্নতৈনবদা উর্বশী ইরাংবু কাইহোবী অমসুং তুংকোইননা অইংবা অপেনবা পোকহনবা ডমদবী চুম্নগী নহাহুবী অমনি।

"চিত্রা" গী ইরোই লোইবা কবিতা 'সিন্ধুপারে' ( সমুদ্রগী রাংমদা ) রূপক রোমান্স অমসুং অতীন্দ্রিয়তা পূনশিন্নতুনা ইবা কবিতানি। আত্মানা ফংগে তাম্নবদু 'সনাগী হি' না সমুদ্রগী রাংমা য়োরবদা লোইথি অমসুং অসিনি চায়ফম থজ্রেবা হিনাউ শাত্তুনা লমজিংথিবী 'মানসী প্রতিমা' মশামন্না মহাক মাগী ( আত্মাগী ) থায়নগী চাম্নবী অতুনি হায়না শক তাক্লম্মী অমসুং মাবু তরাম্না ওক্লকই।

"চিত্রা" ফোঙম্নবা থা মরীগী তুংদা "চৈতালী" (কুম মমৈগী মহৈ মরোং, ১৮৯৬) ফোঙলম্মী। কবিতাশিং অসিদা কোইথি থিরুবগী অরাব। কোকচন্নবা কবিনা চীক্লা ইংনা পোথাজবা অমসুং কবিগী অহানবা অমসুং অরোইবা মুংশিজবী প্রকৃতিগী ধ্যান্দা লুপচথিবা অহুবু শৈথারি। চহী লীশিং অহুমলোমগী মমাঙগী উপনিষদ লেংথিবা কবিশিংনা অনুভব তৌথিবতুমক ঠাকুরনা অসুম্না শৈথাবসিদা ইনৌ নৌনা অনুভব তৌরম্মী।

> থৌজানবীরে ঐবু, উজরে মডানসে স্বর্গগী
> থৌজানবীরে ঐবু, ডমজরে মুংশিনজবা জগৎকা।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা অনুভব তৌরিবদি বৈদিক কবিনা অরোই-অথম নাইত্রবা মতম্না পাদম ওইরগা পুম্নমকপু রেংলগা ফংথিবা আধ্যাত্মিক অভিজ্ঞতা অহুগুবা নত্তে।

ঠাকুরনা হুংগাইজরিবদি হোংবা নাইবা পৃথিবী অসিদা তুংকোইনা লৈহৌগদবা অমত্তা লৈতবা অমসুং হিংলিবা পুন্সি অমসুং প্রকৃতিগী আদর্শ অসিবু লাইবক ফবদগী ধ্যান তৌজবা যংবা অসিবুনি। ঠাকুরনা কাবা ইবদা শিজিন্নরিবা লোন মতম পূরমক্তা অকক্লবা মতম মতমগী ওইনা ওস্থোক ওনশিন-তৌই, অমুক্তা লৈতেং য়াম্না হাপ্তুনা অদুগা অমুক্তা ইচম চম্না ই। 'মানসী" দা ইরিবা কম্বা-কলেংনবগী লোন্দা "সোনার তরী" দা য়াওদে, "চিত্রা"দা অমগা অমগা য়ানশিন্নতুনা ইবা খুৎইদু "চৈতালী"দদি ইচম চম্না ময়েক শেংনা ইথোকই। ( মতুংদা ইরকপশিংদসু মসিগী মতম মতমগী ওইনা ওস্থোক-ওনশিন তৌবা খুৎইসিদা অদুম ইরম্মী—"কল্পনা" দগী "ক্ষণিকা", "নৈবদ্য" দগী "খেয়া" ফাওবা অসিনচিংবদা। "চৈতালী" গী সোনেটশিং অসিদগী কবিনা জমিদারীগী অশিন-অরাং তৌবদা য়াম্না ৱাৱক্লবা মতমদা প্রকৃতিগী লৈরিবা অচৎ-চত্ত ময়াম অসিনা মাগী পোথাফম ওইরম্মী অমসুং থায়নগী ভারতবর্ষগী ইচম চম্না লেল্লবা তমজনিংঙাই ওইবা পুন্সি মরেনবু কল্পনা তৌদুনা অৱা পোথাফম খিরম্মী হায়বা অসিনি। কালিদাসকী কবিতাশিংনা মঙোন্দা থোইদোকপা রস পোকহল্লমী।

অসি হায় হায়দুনসু মাগী অকোয়বদা পুন্সিগী ওইরিবা মতৌ-মওংশিংবু মহাক্না থৌওইখিদবা নত্তে। মাগী মমিৎমক্তা উরিবা থুাইদগী তোল্লবা ইমুংগী পুন্সিদা থোক্লিবশিংবু ওস্থোক্না মমল য়াম্নবা থৌদোক ওইনা মহাক্না লৌরম্মী অমসুং মান মর্যাদা তৌরম্মী। মহাক সাজাদপুর থাদোক্লুনা চৎপা তারম্মী। লৌরুংশঙগী নিয়মগী মতুংইন্না মহাক মফমদুদা জমিদার ওইনা লৈরদুগী মতম লোইরক্লদুনা চৎলগদৌবনি হায়বসি মতমদুদা কবিনা খঙলমদে। মতম অসিদা মহাক্না মাগী হিদা মী-পোং য়েংননবগী য়াওরিবা অহোবা অদুদগী হেক হেক উথিবী নোংচুপথংবা খুঙং অদোমদগী শিল্লংলবী, ইমুং-মসুং॥ থবক-ইথাং নোৱদা মথৌ চিক্লিবী পিক্লিবী সুপীমচা অমগী তুংবা ওইরকদৌবা পুন্সি থোঙচৎপু কবিনা কল্পনা তৌদুনা মাগী "অনন্ত পথে" (লোইবা নাইররোইদৌবা লম্বী লমশাংদা) হায়বা কবিতাদা অস্লুম্না ইরি ঃ

মিন্থৎথোঙ মনাক্তা ফম্লিঙৈ উই ঐনা
লৈশাবী মচা অমা হুমিৎ খুদিং,
নত্তে শাম্নরিঙৈ মানা, মশা-মউ
পংখিং খিংদে মহাক, তপচৈ,
মোং-হাদে, মথৌসু খঙই মহাক।
খুৎলৈ খুনা নোমজৈ মাগী নেংমগী মথৌ।
থরায় ৱানা কপ্লিংনা য়েংলুই ঐনা ৱাবু,

অহুগা মোমোন নোঙ্‌ই মঙোন্দা
হুংশিনা, মীচংশি য়াওনা। চৎলনি
ঙসিদি ঐগী হি, ঐস্থ চৎলনি মফমসিদগী।
হুপীমচা অসিস্থ হনথিনি নোংমা মাগী
মন্নমদা, লোইরক্লবদা থবকী থানবা মতম
থঙদে ঐবু মানা, ঐনস্ত থঙদে মাবু।
অহুবু শাগৎচরি ঐনা, পুন্সি খোঙচৎ
চত্তোরিবা মানা অরোইবা ঙমথৈ তান্দুনা।

থঙলবা থুঙ্গং অমদা লাপ্লবা দেশ অমগী
লাক্কনি মহাক য়ুমগী গো ওইনা থঙত্রিবা
য়ুম অমদা, ওইরক্কনি মমা অমা মতুংদা।
সিগী মতুং তাবদা পূম্নমক পুম্নোই লোইথিনি।
অরাবনি, ঙমৈথসিগী য়াংমদা কনানা থঙগনি
কদোমদনো লম্বীহু হুপীমচাহু॥।

"চৈতালী" গী কবিতাশিং থরা, মকুওইনা অতেনবা রসাত্মক কবিতাশিংদা পাউতাক তাকপগী মওং ওইনা ই। অসিগুম্বা মথলমক্কগী কবিতাগী লাইরিক "কণিকা" সাল ১৮৯৯ গী নবেম্বর থাদা ফোঙলম্মী। মতুংদা অসিগুম্বা মথলগী পরেং অনী অমগা অমগা মান্নবা অমস্থং চতুষ্পদী কবিতাশিং কবি মশাগী স্বাক্ষর পাম্বা মীশিংগীদমক চাম্ম চাম্মনা থুজিং ওইত্তনা ইবা তাথিরম্মী, অস্তম্না ইবা হোৌখিবসি জাপান্দা লৈবা মতমদগীনি (১৯১৩)। অসিগুম্বা মথলগী বাংলা অমস্থং ইংরেজীদা ইবা কবিতা মচা মচাশিং খোমজিন্দুনা "লেখন" (পংই ইবা) হায়না মমিং থোন্দুনা কবি : বুদাপেসতা (১৯২৬) ছাপা নমদুনা ফোঙলম্মী। অসিগুম্বা পরেং বা অমস্থং চতুষ্পদী কবিতাশিং ময়েক শেংনা অচাবা অমস্থং ফজরব তোদুনা ইরম্মী অমস্থং ছাপা তোদুনা ফোঙলকপদা চীন দেশকী অপিক না নমদুনা পুথোকপা ফজরবা লাইরিক্তোনা ফজবা কয়ামা য়াওরগ ইংরেজীদা ইরম্বা কবিতাদগী লোথোকপা মতেক অমা মথাদা পীরি :

হোৌখিদোবা অহিংনা চুপ্রবদা অমুক্কং
অয়ুক্কী উইরিবা মিৎস্নাদা ইরং লংলে
থব্রাম্না নোংঙান পাবারকপগী।

মালংবগী নীংতম্বা থোঙৱাইগা, উগী
উয়োল নোংবগা খুৎপু শৈয়ে জগোয়দা
শান্নিবদো উশাশিংনা হাই-হন্নিবা।

থায়নগী সাহিত্য অমসুং ইতিহাসতা য়াওবা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী পূৰুচেল চাউবগী অমসুং থৌনাফবগী মতাং কয়া হাপচিন্দুনা কবিনা গাথা কবিতা ইরম্মী। মসিগী ভাব অসিগা মতমচুদা জাতীয়তাবাদকী হৌরক্লিবা আন্দোলনদা জাতিগী নীংথা তম্নবগীদমক মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবগী পাউজেলগা য়াম্না চাশিন্নরম্মী। "কথা" (অতেনবা পুন্সি ৱারী ১৯০০) হায়বসি অসিগুম্বা চঙথোক্লা ইরবা ৱারীশিং খোমজিনবা লাইরিক্নি। "কাহিনী" (ৱারী ১৯০০) হায়বসিদনা শন্দোক্লা অমসুং নাটকী মওংদা ইবা ৱারীশিং য়াওরি। হায়রিবা কবিতাগী লাইরিক অনীসি সাধারণ অপাবশিংনা হরাও-হৱাওনা পানখিবদগী অমসুং মথোয়দা য়াওরিবা ৱাফমশিং থ্বাই পুন্নমক্লা য়ানরবা ৱা ঙাক্লা ওইবদগী মীয়াম্না য়াম্না পামরম্মী। (রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাশিং য়াম্না খুম্মাং চাওশিনবা মওংদা ইখিবনা মথোয়না চপচানা লৌশিনবা ঙম্বা অপাবশিং থোক্লকপদা মতম চঙলম্মী।) 'গান্ধারীর আবেদন' (গান্ধারীনা হায়জবা) অমসুং 'কর্ণ-কুন্তী সংবাদ' (কর্ণ-কুন্তী ৱারী শানবা) অনী অসিদা মহাভারতকী থোইদোক্লা মরুওইবা চরিত্র অহুমথক অনৌবা অমসুং লেমজনীংঙাই শক্তমদা পুথোকই। 'শ্রেষ্ঠ ভিক্ষা' (থ্বাইদগী চাউবা বলিদান), 'পূজারিনী' অমসুং 'অভিসার' (উন্নফম) হায়বা কবিতাশিং অসিদা ঠাকুরনা বৌদ্ধ সাহিত্যগী পৌরাণিক ৱারীশিংদা য়াওরিবা অৱাংবা আদর্শ অমসুং নাটকী মগুণশিংবু অপাবশিংদা অতম্না থঙহল্লম্মী। মহাক্না পংকুই কুইদনা থোকখিবা ইতিহাসকী ঘটনাশিংবুসু থ্বাই মীয়ামগী মাঙদা পুথোক্লম্মী। মারাঠা অমসুং শিখশিংগী ইতিহাসতগী লৌথোকপা অসিগুম্বা ৱারীশিং অমসুং মহাক মশানা মতমচুদা ইরক্লদৌরিবা লৈবাকনীংবগী ঈশৈ কয়ামকম অসিনা লৈবাকসিগী স্বাধীনতাগী আন্দোলনদা লৈবাকসিগী মীয়ামদা থোইদোক্লা থরাম য়াওহনখি।

সিগী তুংদা কবি কল্পনাগী মচু থিবিক্লা লৈতেংলবা খুৎইরোমদা অমুক হন্জিল্লক্লে হায়বসি "কল্পনা" (১৯০০) কৌবা কাব্যগী লাইরিকসিদা উবা ফংই। কাব্যসিগী তোপ তোপ তম্নবা কবিতাশিং ফজরবা ছন্দ অমসুং পদনা তরুং ঈহৌহল্লি। 'বৈশাখী' কবিতাদা কালেনগী মৈ-হৌনা শাৱবা হুমিৎ হুংবগী মতমদা শান্তিনিকেতনগী লমগং লমহাংহুবু কবিনা য়াদংলবা, অরাম থৌরাংলবা যোগী অমনা ফক্তা কল্লগা তপস্যা তৌরিবগুম লৌই।

"কল্পনা" গী হেক মথংদা ফোংলকখিবা "ক্ষণিকা" (১৯০০) কৌবা কাব্যগী লাইরিকলিদা ঠাকুরগী কাব্য খুৎইগী মতোল লোয়খি। মসিগী কবিতাশিং অসিদা রচনা শৈলীগা ভাবনাগা তাল চান্নহন্দুনা ইবা খুৎই "চৈতালী" দা নত্তনা মাগী অতৈ কবিতাশিংগী লাইরিক্তা থক য়াওখিদ্রি। মসিগী মরমদি মসিগী কবিতা হুমফুরোমসি থা অনীদংগী মক্তংদা (মে-জুন, ১৯০০) পুথপ ইথিরম্মী। কবিতাগী লোন অঙকপা ফংনা চম্মী; ছন্দশিংসু থোইদোক্না য়াংই অমসুং মক্তংগী ভাব পংলুদি লুপ্রগা খঙনীংবমা পোকহল্লি। তৌইওবসুং থুপচাননা লৈরিবা গম্ভীরভাব অমসুং পুন্নিংদা ঈহৌ পোকহনবা ঙম্বা বাস্তববাদনা "ক্ষণিকা" গী কবিতাশিংগী থাক হকচিল্লবা পরম্পরাগী চৎনরকপী খুৎইগী কবিতাশিংনা য়োবা ওমদে। থুরৌ লাংয়েৎনরবা পুম্নমক থদত্তুনা অমসুং কুপশিল্লবা পুম্নমক কম্বোক্তুনা কবিগী থম্মোয়না হিংলিবা পুন্সিগী ইচম চম্নবা হুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরিবহু কবিতাশিংসিদা ফোংদোকই। "ক্ষণিকা" গী কবিতাশিংদা ফুমহুনা থম্লিবা অর্থদি 'লিরিক' কবিতাগী হৌনবী ভাব অহুনি। মসিনা তাক্লিবদি ফাওম-পুনওমদনা চেল্লিবা অরা-হুংঙাইগী ঈচেন্দা য়াওরিবা মিকুপ পুংজাশিং অহুবু কারগা মহুদা ফঙলকপা অভিজ্ঞতা অহুবু অব্যক্তিগত নীংশিংনফম ওইহনবা হায়বসিনি। ক্ষণিকা কাব্যগী মরুওইবা স্বরদি মসিগী ইরোই লোইবা কবিতা 'শেষ' (অরোইবা) হায়বসিদা য়াওরি। মতমগী ঈচেন্দা চেন্থরি পুন্সিনা, মসিবু মহৈ য়ালহনগে হায়রবদি ঈচেল তুংইন্না চেন্থবা তাই, হুংঙাইবগীসু ওইসনু অরাবগীসু ওইসনু ঈচেলসিবু ঙাইহাক থিংলুরবদি পুন্সিগী হরাও-তয়াম্নিংঙাই পুম্বা মাঙই অমসুং মতমগী মায়োক্তা চেন্থরগনা অপঙবা তাই।

থঙগে হায়রবদি করিঙুবা পোৎ
অমা হৌবদগী লোইবা ফাও,
থঙনীংলবদি করিনো হায়বহু
ঐথোয়গী অকোইবদা লৈরিবশিং,
থাক্লিংঙাই লৈতে মিকুপ অমফাও।
জগৎ অসি মায়ানি লংঙংমুক্তা চাউবা,
থঙদ্রিঙৈ মাবু করিনো হায়বা,
মঙ পূম্বা থোমজিল্লগা চৎখি
অহিং (পুন্সি) নীনিদংগী মতম
ফংই ঐথোন্নগা পোথানবা অহুবু
হুংশিনবগীদমক্তদি মতম য়াম্না

শাংনা লৈ। থবকীদমক ওইরবদি
শাংলগনি পুন্সি। লৈরোই ঐথোয়
মফমসিদা, মরুপ্রোই, ঐথোয়
মতম শাংনা লৈরোই অমত্তা, করিগুম্বা
অমত্তা নত্তে লৈগদৌবা অহুম্না।
মসিবু নিংথিনা থগলগা চৎসি
ঐথোয় মতমগী লম্বীদা।

হুংশি-হুংওনগী কবিতাশিং কুরাক্কী মশাগুম মথল-মথেল কয়াগী মচুনা লৈত্তেই অমসুং তয়াং তয়াংই অমসুং অনুভূতিগী মওংদা অথিংবা য়াওরবা পুন্সিগী মিকুপশিং তরং তরং ভাংহোল্লমী। মফমসিদা কবি অসে মপুন্নিংদা অকুবা করিগুম্বা অমত্তা থব্রবা, লমথুংকম অমা ভহা ভহানা য়োগে তান্ত্রবা অমসুং চৎপদা থুয়ো চেন্রবা লম্বী চৎপা অমা ওইরক্লে।

ঈরোম্রংদা পাৎকী ঙাল্লি হীরা মণিনা।
হঙ্গামগী লৌবুক্তা ঙংলি খোইমুশিং ময়ামকানা।
চৎল্লি লম্বী ফাওদুনা থুঙ্গং কয়া কয়া
উপাম্বীশিংগী উরুমদা খেল্লা খোয়না,
লৌবুক কয়াগী লৌয়াদা উমং কয়া লান্দুনা
লেপ্লি ঐনা মফমসিদা ময়ম স্বপ্নে লৈতনা।

তৌইগুম্বসুং লমথুংফম লৈতনা চৎলিবা, লম্বীচৎপা অসিগী থোঙচৎ অকুবা অর্থ অমা য়াওরি। মহাক্না হিংলিবা পুন্সিবু লৈরিবা মওং অহুদা হুংশিজে অমসুং জগৎকী হুংশিহৈত্রবা মিৎয়েংবু উদনবা হোৎনজে।

ঐ হায়দোক্কে কনা'মত্তদা অয়ুক থুদিং
হুমিদাংবাই থুদিং নঙনা চৎলিবা লম্বীদা
চৎলি ঐস্ত বাঁশি চেৎনা কোন থম্মোয়দা
ঈথৌ অমত্তা লৈতনা, ইশক লোত্তুনা।
শকই ঐনা ঈশৈ, শৈহৌরক্লিবা ঐঙোন্দা
ছন্দ কয়া শেমদুনা হুংশিননবা তাবদা
অহুম থাক্লি ঈশৈ অমদি, ঐতগী।

মায়খোংদো মী অতৈ অতৈগী য়েংউই
ঐনা য়েংবা হৌনবৈ অতুগা নঙগীদি
উই ঐনা মঙলানতদা।

"নৈবেদ্য" দা (১৯০১) কবিনা হৈনিংবা যাওদনা তৌ বা তপস্যাদগী মাগী অকোয়বদা হৌরক্লিবা পুন্সিগী ইন্নাং উন্নকপদা মিকপ খোরুম্মী অমসুং মীওইবগী অমসুং জগৎ অসিগী ভাগ্যবু মাগী খুড়ুমসুংদা থম্লিবা লেঙফক্রবা শক্তি অমা লৈরি হায়বা কবিগী পুক্নিংদা ফাওরকই। "নৈবেদ্য" গী খুরক হাঙদনা ইস্তুনা শেম্বগা মান্ননা ইরবা সোনেট অসি পারগা কবিগী থম্মোয় মিহুনফমদা ফাওরিবা য়াম্না মরুওইবা তুংদা খোকলকদোবা য়াফম্বু খঙবা ঙম্মী। ওইবা য়াই লৈবাক অসি, ভাগ্য বিধাতানা অরাবা অমসুং খুদোংথিবনা থল্লবা অচৌবা থৌদাং অসিবু পাঙথোরবা কন্না অমসুং চাউনা মায়োক য়াবীনবগী কবিবু হৌদোকপীথিবা। ইকাইনিংঙাই ওইনা শোথহৌরবা লৈবাক অসিগী অবস্থা হায়নিংঙাই লৈতনা পঙবগী মতৌ অমসুং অচুম-অরানগী বিচার লৈতবগী য়াথল পুন্নমক অসিগী থম্মবদা কবিগী থম্মোয় হায়নিংঙাই লৈতনা য়ারম্মী, মন্নম অসিনা মাগী মীচৈ শুম্বোরা যাক্লম্মী অমসুং মানা কৌরকপা মীকৌনা খৌনা হাপ্নম্মী।

মসিগী মীশি অসে ফাওনা লেংগদৌবনি
মসিগী মিকিথিনী জালসে, মসিগী
শুনীংদবগী মপৈ মপৈসে, চৌংমূক য়াংনা
পৈরিবা, মসি॥ অশিবগী মপৈসে।
তারো। হৌগৎকদৌবনি নথোয় ঙসিগী
য়াইফরবা অমুকসিদা, য়াকাইরক্লবা
জগৎ অসিদা, সংসার কর্মক্ষেত্রদা।

মীগী মশাদা তুংকোইনা থাজবা পোক্লে, মথোয় পুন্নমক চৎনরকপী ঙাক্তা মইনবা নক্লগা অন্ধবিশ্বাসী ঙাক্তা মওইরে, নোংচুপ্লোমগী ফিদম ইনবা হায়বসি স্বপ্নগী তাং তৌবা তম্বনি। বুন্নবগী লাম্না য়ুরোপকী আধুনিক জগৎকী সভ্যতাদা য়াওরিবা অপুম-অশাগী এতৌবু কবিদা খঙহল্লম্মী।

সভ্যতা, হিংচা-য়াইতম্বা চৌংলাই
মিৎনা কুন্নদা থাজৎলকই অকিবগী মশক
ফংলবা মকোক, অতুগা তাম্নৈ স্রিজদবগী

লোন্তুনা থম্মুবা মহ কনবা মরৈবু তমদুনা।
মরৈবাক নীংবগী ম্বিংদা অচৌবা মরালবু
লংশিন হোৎনৈ তাউথোকহন্নবা অচুম্বা
ম্বা অকনবা শক্তিবু শিজিন্না।

কবিনা ভাবত্তনা জ্ঞান য়াওদনা অমসুং থৌবাংদনা লৈরিবসিদগী হোৌগৎলক্কুনা ইকাই-খুম্নক্নম ওইরবা জাতি অমা ওইরক্কনি হায়বসি থাজরম্মী।

সাল ১৯০১ গী ডিসেম্বর থাদা ঠাকুরনা শান্তিনিকেতনদা ব্রহ্মচার্য স্কুল লিংথৎলম্মী। মসি "নৈবেদ্য" দা কবিগী থম্মোয়দা ফাওখিবা য়াথন্দু পবক ওইনা পাঙথোক্লকপনি হায়বা য়াই অমসুং অমরোমদনা অঙাং ওইরিঙৈদো মহাক্না স্কুল অমদা নিংথিনা মহৈ-মশিং তম্বা ফংলক্কবা অতুগী নীংবা থুংহৌদববু কোকহন্নবা ওইনা তৌথিবনি হায়বস্তু য়াই।

কবিগী মুপী সাল ১৯০২ গী নবেম্বর থাদা নোঙ্গাথিরম্মী। মাবু নীংশিংনবগীদমক কবিতা ময়াম ইরম্মী অমসুং "স্মরন" হায়না কৌদুনা ময়ামদু থোমজিন্দুনা ফোঙদোক্লম্মী (১৯০৩)। চন্নবা কবিতাশিং অসিদা কবিনা থম্মোয শেংনা য়াম্না থোৎ-নৌনা তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা মাবু নীংশিংনবগী বা ফোঙদোকই। তাইবং পুম্বিদা নংলিবা মাগী অমাঙবদু আবেগকী ওইনদি তোংজবনি হায়না লৌবগুম তৌরি।

নঙ ঐগী অয়োইবা য়াহৈশি
পাউদম্নবা য়ারম্মী নঙগা ঐগা
অদুবু তাঙ্গাদু ফংখিদরে নঙদি।
পুদুনা ঐনা চিনবান য়ারা
কাংনদনা কায়নঙৈগী মৈচাক
ঐখোয়নিগী পোথাগে হোৎনই
ঐনা অরেম্বদা, হৌজিক্তি মৈচাকসিদা
থম্মোয়সিবু চাক্লিবা পুঙমদনা,
তিন্নরগনি নঙগী ঐগী য়াঙাং।

মম্না লৈখিদব॥ অরাবব তুমিন ফোঙদোক্লনা থাংখিবা মাগী মচা অতোন-অতাং অনীগী মতৌদু থন্নুবদা কবিগী থম্মোয় ডমথৈ লৈতনা য়াথিরম্মী অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা মঙোন্দা কবি-ভাবনাগী অনৌবা অনুপ্রেরনাগী ঈফুৎ অমা ফাওরক্লম্মী। "শিশু" ( অঙাং, ১৯০৩ ) কৌবা কবিতাগী লাইরিকসিদা মীওইবগী মশাদা লেপ-পৌ

ফংত্রবা মথৈ লুব্রবা লৈশেমঙৌগী য়াওজরক্রবা অমসুং চিংননিংঙাই লৈত্রবা মী অমগী হৌনবী ভাবাবেগ, হায়বদি মচাশিংবু হুংশিবা হায়বসিবু ফত্তনা ফোঙদোকই। অঙাংগী অসিনি হায়ফম থঙত্রবা ফত্তবগী মতৌ, অসুম ওইরকনি লেপ্পা য়াদবা শাজৎ, অমসুং মপুক্লীং ওনগনবগী হুংশিবা মতৌ, মরম লৈতনা ভাবনা শাবা অমসুং নীংবা কারবদা মরম হায়বা লৈতনা থম্মোয় শোকপগী মতৌ অসিগুম্বা মতৌশিং অসিদা জগৎ অসিগী সৃষ্টিদা লৈরিবা লেংলি-পাল্লিবশিং অসিবু হিংহন্দুনা থম্মী হায়না কবিনা থাজৈ। বৈষ্ণব গীতি কবিতাদা অঙাংবু হুংশিবা অমসুং লুনা তৌববু কবি-কল্পনাগী মচাক ওইনরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতুগী অঙাং অচম্বা অঙাং নত্তে, মীগী মচা ওইনা অবতার তৌবিরকপা ঈশ্বর মশামক্লি। ঠাকুরগী কবিতাদা অঙাংবু ঈশ্বরমক ওইনা লৌথিবা নত্তে মীওইবগী মচা অঙাং হায়বদুবু হিংলিবা তাইবং অসিগী মাঙফত্রবা চেতনা শক্তি ওইহনবগী য়ানি।

"শিশু" গী কবিতা কয়াম ক্রম অঙাংশিংনা পাবদা থুৎলোইগনি। (ময়েক্কী হায়কুব্রবদি কবিতাশিং থরদি মমা লৈথিদ্রবা মাগী মচাম্পা অমসুং মচাম্পী অনীগীদমক কবিনা ইথিবনি। পংয়ার য়াদবা কবিতা থর অমনা চহী ফনা য়ামনা চথৎপা কবিনা নম্বা ওইরিঙৈদা ইথিবনি অমসুং 'কড়ি ও কোমল' দা ফোঙদোকপ্রবা অমসুং সত্যেন্দ্রনাথকী মচাশিং মাগীস্থ মচা থোকপশিংগী পাননবগী ইথিবনি।) অদুম ওইনমক "শিশু" গী কবিতাশিং অহল্লোন অপাবশিংগী য়াথল থম্লিংঙাই ওইবা মচাক য়াম্না য়াওই অমসুং অংল-অঙাং অনীয়কপু চপ মান্নন হুংঙাইহল্লি, অঙাংশিংদনা ভাবনা শাবদা অদুগা অহলদনা য়াথল থনবদা।

সাল ১৯০৩-৪ দা কলকতাগী কোলেজ অমগী দর্শন শাস্ত্রগী অধ্যাপক অমসুং রবীন্দ্রনাথকী কবিতাবু পামজদা মোহিতচন্দ্র সেন্না ঠাকুরগী কবিতাশিং (অমসুং নাটকশিং) খোমজিল্লগা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙলম্মী। মহাক্না কবিতাশিংগী বিষয়-বিষয়দুগী মতুং-ইন্না মহাক্না অপাম্বা মওংদা পন্দুপ শেম্লগা অমসুং পন্দুপ খুদিংগী অপাম্বা মমিং থোল্লম্মী। মানা থোল্লিবা মমিংশিং হান্নগী লাইরিক্কী মমিংগা য়ান্নদবস্ন য়াওই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা পন্দুপ খুদিংগী অনৌবা ভূমিকা-কবিতা অমমম সেন্না থোল্লমলিবা মমিংদুগী অর্থ করিনো হায়বদু তাক্তুনা ইরম্মী। অসিগুম্বা ভূমিকা কবিতাশিং অসি মরৈথংদা পুল্লপ খোমচিংগা 'উৎসর্গ' (১৯১৪) হায়না মমিং থোন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙলম্মী। কবিতাশিং অসিদা কবিনা অহানবা ওইনা মাগী জীবন-দর্শন হায়বদি 'ধর্ম' বু শন্দোক্না তাকননবা হোৎনরম্মী। 'ঐ' অমসুং

'খোইদোকপা ঐ' হায়বসিনা অরোই-অথম নাইদনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নহনা মাগী মশাদা লৈরি হায়না কবিনা অনুভব তৌই।

লৈরাং লৈয়োন্দা তনীক তনীক্লিবা লৈনম
অয়ুক্কী মঙান্দা লোৎলিবা ঈশৈ
শরৎ থাগী লৌবুক্তা তরং তরং হৌরিবা মশেক-মঙান
নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা সনা মচুগুম
তঙাং তঙাং অমুক ইশং শং
লৈনমচমরা শেমখিবনি অনৌবা মায়া ঐঙোন্দা,
মঙানতুমক্লা তাখিবনি অথোৎ-অমেংগী মমি ঐগী মিত্তা।
ওস্বগে কনানা ফাজিনবা ঐবু ঐহাক ইশাতদা।

'ঐ' অমসুং 'খোইদোকপা ঐ' অরোই-অথম নাইদনা চন্না লৈমিন্নরগদোবা অনীনি। ঐ হায়বসিনা খোইদোকপা ঐ হায়বহু করিনো হায়বা ফংননবগী উপায়নি, পোকপদগী শিবা ফাওবদা, শিবদগী পোকপা ফাওবদা। (অরোইবা পন্থে হায়বসি আধ্যাত্মিক সাধনা মপুং ফাববুনি নত্রগা মোক্ষ নির্ব্বান হায়বা খুভমহু ফংববুনি হায়না রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লৌরম্মী হায়বদি নানগনি। মসিদি বিশ্বজগৎ অসিবু অমসুং সৃষ্টিগী রহস্যগী খোঙচৎপু অরোই-অথম নাইদনা পাকথোক-চাউথোকহন্নবগী মহৌশাগী গতিনি হায়না কবিনা লৌই।)

হে লোইনাইদ্রবা মরুপ্লোই শেম্বী
নঙনা ঐবু মতম পুম্বদা হন্না হন্না।
নহাক্লা লৈবিরক্লি ইনাক্তা মতম চুপ্পা,
লৈসু লৈবিথিনি অরোই-অথম লৈতনা।

মসিগী ভাব কবিনা কবিতা ময়াম থোমজিনখিবা সম্পাদকী মফমদা ইবা চিঠি অমদা অস্রুমা মচা থায়না শন্দোকনা তাকই:

নহাক্লা রবীন্দ্রনি হায়না উরিবা মীদো কনানো হায়বা ঐসু খঙই। মাস্থু হৈ-লৈ পাম্বীশিংগী অনৌবা ময়োন অমসুং শাৎলিবা লৈরাংশুম্বা প্রকৃতিগী খুৎশেম্নি। মহাক শাত্তোকচরক্লবসু কৈ, খুইদনা মাঙম্রে খোইনা কায়দে, অস্থুম তৌবা ঙাক্তনি। অদুবু ঐনা হিংলিবনিনা মঙোন্দগীদি ঐনা হেন্না পাকচাউই। ঐহাক হিংদনা লৈরি

অরোই অথম লৈত্রবা মতম অমসুং মালংপান অসিদা। অরা-মুংডাইনা ইতিহাসনা, পোকপা শিবনা ফাবা ভস্রোই ঐবু কৈদৌঙ্গংদা।

"খেয়া" (হি লানফম, ১৯০৬) কাব্যদা কবিগী আধ্যাত্মিক রাখল বৈষ্ণব গীতি কবিশিংগী ভাব ধারালোমদা হেন্না নকশিন্নকপগুম তৌই অমসুং কবিতাশিংগী লোল অমসুং ছন্দ ঈশৈগী খোঙ্থোক মাল্লক্নে। "খেয়া" না অপাববু "গীতাঞ্জলী" গী মন্দিরদা ইন্নাই লাইনা পুবীরি।

বাংলাগী সাধক বৈষ্ণবশিংগী ঈশৈশিং 'বাউল' (অচাবা অর্থদা অওাউবা হায়বনি) হায়না খঙনবা হিন্দু মুসলমান ধর্ম চৎপশিং অনীমকী মরক্তা শন্নবা ঈশৈ মখল অমিবু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা থোইদোক্না পামজরম্মী। কবিনা নহা ওইরিঙৈদা শান্তিনিকেতন মনাক্কী লম্বীশিংদা শকপা তাথিবা বাউলগী মখাদা ইরিবা ঈশৈ মতেক থরসি কবিগী থম্মোযদা কাউঙমথিদে অমসুং মসিনা মম্বগী মতৌগুম্না কবিগী মতৌগুম মপুন্নিংদা পোকহনথিবা অনুপ্রেরনাগী ঈহৌবু তুংহুনা অদুম লৈখিরম্মী।

পোনগী মন্নং অমসুং মপান্দা চঙলি
চৎলি অওকপা উচেক্কু ইতম তম্মীবদনা ;
ভস্নবদি ফাবা মাবু ন্নমগনি
মাগী মথোঙ ঐগী থম্মোযনা।

বাংলাগী মগায় লমগী অন্নাংথংবদা মখোযগী জন্মিগী অশিন-অন্নাং তৌহুনা লৈন্নিঙৈ হাক্তক্তা মতমতুগী শন্নাইবা বাউলশিংগা কুষ্টিয়াগী লালন ফকিরসু য়াওনা, কবিনা উন্ননবগী থুদোংচাবা ফংলগী। কবিগী মফমদা মুৎলরোইদৌবা চিহ্ন অমা লৈহৌখিবসি শিলাইদহ কোবা মফমদা লৈন্নিঙৈদা মাগী মনাক্তা ইতৎ তক্তনা লাকখিবী বৈষ্ণবী অমনা নোংমা অমুক মাগী নাক্তা মিকুপ থরদং যম্নন্নগা কবিগী মেজ মথক্তা থিন্নিবা ফুল য়াসতগী হুন্দোক্নবা থুহথরবা লৈ অদুতবু ভিক্ষা ওইনা লৌরগা হনথিবা থৌদাক অদুনি। অসিগুম্বী তমতুনা থোক্নরোইদৌবী বৈষ্ণবীসিগী স্বভাবপু কবিনা মাগী রান্নী মচা অমদা অমর ওইহন্নম্মী। মহান্না ইবা অতৈ অতৈদসু মসিগী রাসি হেক হেক পল্লম্মী।

সিগী তুংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা অন্নাং নোংচুপলোমগী অধ্যাত্ম সাধকশিং, কবির, মীরা, দাদু, জ্ঞানদাস অমসুং অতৈ অতৈ কবিশিংনা ইবা কবিতাশিং খেংনরম্মী। বাংলাগী বাউলগী অমসুং বাঙালী নত্তবা অধ্যাত্ম সাধকশিংগী কবিতা অমসুং

দোহাশিং অসি নিংথিনা থঙঙবনা ঠাকুর॥ কবিতাশিং অনৌবা য়াওল অমা ওল্লক্লম্মী অমস্তং মাগী কবিতাশিংগী মঙ্গংগী ঈচেল বৈষ্ণব ভাবনা মপূং ওইরক্লম্মী। অসি হায় হায়দুনস্থ ঠাকুরগী অধ্যাত্ম ভাবনা বৈষ্ণব ধর্মনা হুমতুনা পুম্রে হায়বা নত্তে। মসিনা তাক্লিবদি বৈষ্ণব কবিতাশিংদি মপূংদা ভারতনা অমস্তং থোইদোক হেন্দোয়া বাঙালী-শিংনা পুক্নিবু যেংলিবা মিৎযেংদা য়ুম্ফম ওইবগা ইবা মরম্না অমসুং মসিগী সাহিত্যগী ওইবা প্রতিরূপ অমা শেমগৎচবনা ঠাকুবনা বৈষ্ণব কবিতাশিং অসিদা যাওরিবা কবি ভাবনাবু যানিংলম্মী হায়বনি। অরাংদগী মাথু কৌদুনা খোংলকপা কৃষ্ণনা বাঁশি খোঙ্গেল তাবদা রাধানা কৃষ্ণবু থিরকংগী মতাংদা যাওরিবা অদুগুম্বা লুরবা মঙ্গংগী অর্থদুগা কালিদাসকী যক্ষনা মাগী চুংশিন্জরবী লাপ্লবা অলকাদা লৈহৌবীদুগী মফমদা লৈচিনগী পাউখোল্লোই থারকপা মতাংদা ফুম্লিবা অর্থদুগা ঠাকুরদদি চপমান্নে। অহানবগীসিনা কবিগী আধ্যাত্মিক ঈথৌ লাংবগী প্রতিরূপনি অদুগা অকোনবগীসিনা কবিগী প্রেম ভাবনানি।

"গীতাঞ্জলী" গী মতম ( ১৯০৫ ১. ) কবিগী পুন্সিদা থ।ইদগী থুদোংচাদবা মতাং ওইরম্মী। পদ্যদা, গদ্যদা, উপন্যাসনা, নাটক্তা, চিত্র-ইংনা রাথল তৌবদা অমস্তং মথল-মথেলগী থোদো কযাদা ঠাকুরগী হোৎনজমন মহাক মশানা অদুগুম ওইরক্কনি থাজদবফাও মহে যাল্লম্মী। তৌইগুম্বস্তং মহাক মশামক্কীদি মতম অদু মপুম্নিং পোথাফম থঙদবা অমস্তং চিন্তা পুবা মতম্নি। মাগী পুন্সি লোইনবীনা ( ১৯০২ ) মতু ইকুই কুইদনা অনীশুবী মচাম্বপী লৈথিরমদে ( ১৯০৩ ). অদুদগী মচা অতোম্বা অমুক লৈথিরমদে ( ১৯০৭ )। শান্তিনিকেতনদা মহাক্না লিংথৎখিবা স্কুল॥ হোৎনবদা শেল য়াম্না তিংলম্মী। অদুমকপু স্বদেশী আন্দোলন্না মহাকী চুংনাংবা মতম থরদি কোকহল্লম্মী অমস্তং মহাক্না চেক ঙম্বমথৈ জাতিগী ঈহো অসিবু অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্নবা অসিগুম্বা রমগী পরীং প্রবন্ধ কযা ইদুনা অমসুং বক্তৃতা কয়া পীদুনা অমস্তং মসিগা মবী লৈনবা রাফম কযামক্লুম অরাং বাংলাগী ময়ায়গী লমদমদা তাবা মহাক্কী লমশিংদা থবক ওইনা পাঙথোক্লম্মী। তৌইগুম্বস্তং অস্তপ য়াম্না থবক চিল্লিঙৈ মতমসিদস্ম মহাক মশা মতোমতা তোঙান তানা লৈবা ঙম্লম্মী। মাগী থম্মোযস্তংদা মহাক মশাবু কবিগী কুয়োম মঙ্গংদগী থোক্লক্লবা ইতৎ তত্তনা কৌরিবদু মহাক তারম্মী। মরৈবাক্কীদমক রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা মহাক্না পাঙথোকলুগদৌবা থবক থৌরম কয়া য়াৎলগা মশা চোংথোক্লককই। তৌইগুম্বস্তং মরৈবাক মচাশিংদি মসিগীদমক শেমশারমদে, মসিদা কবি নীংবা কায়দুনা অমুক হন্না মাগী কুযোমঙ্গংদা হজিনথিরম্মী তৌইগুম্বস্তং মফমদুদা কুইনা লৈননবগী নৎলমদে। মহাক মফমদুদগী অমুক থোক্লকথি, হন্নক্তি পাঙথোকদৌবা

থরক্কী পোরম অমস্তা লোইনরক্কে, কনাওবা অমগী মিকৌ তাহ্না থোক্লকপনি অমসুং অহুম তৌরগা মীওইবা হায়বা কাঙলুপসিগী থম্মোয়দা মহাক মশাবু থোইনা নক্না চিংশিনবীগনি হায়না থাজরম্মী।

"গীতাঞ্জলী" (১৯১০), "গীতিমাল্য" (১৯১৪) অমসুং "গীতালী" (১৯১৪) কৌবা কাব্যগী লাইরিকশিং অসি মতাংসিদা পুথোকথিবনি। "গীতাঞ্জলী" অমসুং "গীতি-মাল্য" অনীসি ফোঙবগী অহাংবা চৈরকসিদা কবি ইংলণ্ড অমসুং আমেরিকাদা চৎলম্মী অমসুং লৈবাকশিং অসিগী মীওই কযামুক্তা শকথঙ-মায়থঙনতুনা মঙ্গল শান্নরম্মী অমসুং সাহিত্যগীদমক নোবেল প্রাইজ ফংলম্মী (১৯১৩)। কবিনা নোবেল প্রাইজ ফংলকপসি ভারতকীদমক অর্থ যাম্না লৈরম্মী মরমদি মসি মনীংমথা-তম্নবা চাওথৎলবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী লাইরিক-লাইত হৈরবা কাঙবুনা মতমচুগী ভারতকা চপ মান্নবা মওংদা চাংদম্নবগী অহানবা থোঙফম্নি।

লাইরিক অহুম অসিগী ইমান মান্নবা বিষয অমসুং ভাবশিং অসিবু ফোঙদোক্না ইরিবা কবিতাশিং অসি ঈশে ওইবদুমুক মওংদা যাওরিবশিং অদুস্থ অশেংবা ভক্তি অমসুং আধ্যাত্মিকমক্তগী ওইরম্মী। "গীতাঞ্জলী" দগী হৌনা অহুম য়েংবদা লাইরিকশিং অসিগী কবিতাশিং মওংদা অমসুং লোন্দাদা ঈশে মাল্লি। ঠাকুরগী কবিতাশিং অয়াম্বনা মসিনা গীতি কবিতানি মসিনা ঈশৈনি হায়না তোঙান তোঙান খায়দোক্লনবা অকরবা মতৌ লৈতে অমসুং কবিদা য়াওরিবা ঈশৈগী পীথোরকপা মগুণনা মহাক্না ইবা শন্দোক্না তাকপা অমসুং অনবা রাখল চঙবা কবিতা কযাবু ঈশৈ ওইনা ইরাই লাইনা শকপা য়াহল্লি। তৌইগুমসুং মাগী ঈশৈগা (ঈশৈ ওইনা ইবা অমসুং সুর পাল্লবা কবিতা খুৎই) অমসুং কবিতাগা (হায়বদি শাননবা অমসুং পারগা করিনো হায়বা থন্নবা মচাক য়াওবা খুৎই) অনীসিগী খেন্নবা অমদি লৈ। ঈশৈশিংদনা মহুদা য়াওরিবা আবেগ অমসুং থৌরাংবগী ঈহৌ য়াম্না মচিন থোই অদুগা কবিতাদনা মাগী আবেগ মরা তপ্না চৎলি অমসুং মচিন থোদে। ঈশৈগী লোন য়াম্না চঃী, ছন্দগী তাল য়াম্না য়াংই অমসুং কল্পনাগী শরুক খুদোংচাবগী মতুংইন্না ময়েক য়াম্না শেংহল্লি।

মতমসিদগী হৌনা মতুং তারকপা মতম ফাওবদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতা অমসুং ঈশৈ তোঙান তোঙানবা শাংবা মান্নবা লৈয়িগুম মাগী মাগী লম্বীদা চৎপা হৌই। লম্বী অনীসি অহানবদা য়াম্না খেন্নৈ। গীতি কবিতা অহানবদা মপুক তপ্না অমসুং চীংলেম্না লৈরম্মী, মতুংদদি ঈশৈগী ইচম চম্বা লোন্দা ইরক্লম্মী। ঈশৈশিং য়াম্না তেল্না ই।

"বলাকা" (অশাইবা উচেক্কী পক্লেং ১৯১৬) কাব্যদা ঠাকুরগী কবিতাদা রচনা শৈলীগী অনৌবা খুৎই অমা হৌদোক্লম্মী। পয়ার ছন্দদা ইবা কবিতাশিংনা শক্তি

অমসুং বতি মান্নহন্দনা ইতুনা আবেগকী মচিন থোৌবা অমসুং পুন্নিংগী ওল্লক্লিবা ভাবকা চানহন্দুনা ছন্দগী তাল শেম্মী। রূপকী অঙকপা ফংনা ফজন্নবা লৈতেংনা, নিংথিজবা স্তব পুন্নবা লোন্দানা অমসুং পুংশেন্দগা লোইনবা লম্নবা চন্দনা থুমহৎলবা পংক্তিশিংনা "বলাকা" কাব্যগী কবিতাশিং থবদি থায়নগী মগুণ লৈরবা দেবতাশিংগী ফুরা-দলালগী মতৌগুম চীং লেমহল্লি। "বলাকা" গী কবিতা থোইদোকপা মগুণ লৈরবা মপূংফারবা কবিতানি, অসিগুম্না মপূংফাবা লোন অসিগী গীতি কবিতা থক থেঙনখিদ্রি। অসিগুম্বা গীতি কবিতা অমা নিংথিজরবা "উর্বশী" কবিতাদা ফাওবদা ঐথোয থক উখিদ্রি।

মূলভাবতা, রীতিদা অমসুং লোন্দা য়াম্না থেন্নরবস্থ "বলাকা" না "ক্ষণিকা" বু থবমথৈ নিংশিংহল্লি। মফমসিদা কবি লংথৈ চৎপা অমা ওইরি, চুম্নগী অহাঙবা মতমদা পংকোই কোযবা মীহু নত্তে অমসুং মহাক মথস্তা তরক তরক চৎপস্থ নত্তে, জগৎ শব্দগা লোয়ননা চৎমিন্নবগুম তৌরি। 'ক্ষণিকা' দা লমথুংফম য়াওদে, স্কুলদগী ছুটী লৈথোক্লকপা অঙাংদোনা অকরবা মাগী চৎফম লৈতে নত্রগা কদায়দা চৎলিবনো হাযবস্থ থঙদে। "বলাকা"দদি ম গী লমথূংফম বিশ্ব বিধাতাগী মফমতুদনি কৌসহু মতুগী মমিং বির্বতন নত্রগা বৌনিংবা মমিং অমা অমসুং মগারা কোঙদোক্লিবনা মী হায়বসিনি পোকপা-শিবা নাংবা মাগী পুন্সি খসিমন্না শিদবা খুভম ফংই হায়বসিনি। মসিগী কবিতাদা হৌগ্রবা পুন্সিনু নিংশিংবগী বাফম ইরোইননা যাওবি। কবিগী পুক্নিংদা তাইবংপান অসি থাদোক না চৎনবগী মাগী মতম যৌরক্লে হাযবা ভাব অমা য়াওল্লকই, মসি হেক থল্লবদা মহাব মম্নমদা থংহন হন্নিংলকপমা পোক্লকই। হৌগৎলকপদা মঙাইরিবা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাউদা নোংচুপলোমগী শক্তিশিংগী কারাম চাউবা অমসুং মীওইবা জাতিবু নোইহৎনিংবগী থৌদোশিং অসিগীদমক মখোযনা শিরবা মতমদা মখোগগী আত্মাবু শেংদোকপানবগীদমক পীগদৌরিবা দত্তি কবিনা অসুম্না উই:

হে মীন্নুংশি য়াওব্রবা প্রভু।
কারাম চাউই মখোয়,
অপঙবনি মখোয়সে,
লোম্না চঙই মখোয়না
নঙগা সিংহদ্বার লানশিন্দুনা,
অদুগা নম্নাথং য়াওদনা তৌথোক্লি,
হুরি নঙগী পূক্কে।

হুয়কপা লনথুম, লুম্নবা কোকথোংনি,
খোঙথাং খুদিং চুপথিবনা পাঙ্গল মখোয়গী,
ঙমদন্নে থাংথবা পোৎলুমত্ত,
ঐগী মিত্তা পিবু শিন্থ হায়ঙবি
ঐনা নঙোন্বা হন্না হন্না :
ঙাকপীন্নু মখোয়বু, হে মীঙ্গংশি
যাওত্রবা প্রভু। যেংলুবদা ঐনা উন্নি,
নহাক্কী থৌজালগী নোংলৈ-হুংশিৎ হৈথরকপদু ;
ফুদেক্লবদা নোংলৈনা উফুল য়াওন্নরি মখোয,
চাউরবা কোকথোঙ মখোযনা হুবকপা ওলে
মথক-মখা, চাইরে পুমচাই নোংলৈ-হুংশিত্তা,
হুমদোকথরে অকনবা হুংশিৎনা।
মীঙ্গংশি থঙত্রবা হে প্রভু।
নঙগী থৌজালদি যাওরি মৈরীদা অথাক-অরাউগী,
য়াওরি মসি প্রলয় মতমগী তাথরকপা ওমিৎকী
মঙালদা, য়াওরি মসি চুথরিবা ঈগী নোংলিক্তা,
য়াওরি মসি থেঙ্গাইনবদা ক'বা শাফুশিংগী।

সিগী মতুং থা তবা লৈরগা ইবা বন্দিতা অমদা ফ্রান্সকী লানথমদা উৎথিবা লান্মীশিংগী মরীংজেল অমসুং মশাগী ফ্রইজবা যাওদ্রবা মথৌনা অমসুং মরৈবাক হুংশিবগী মতৌ অহুবু কবিনা য়াম্না থাগৎলম্মী অমসুং মসিনা য়ুরোপ্ন অনৌবা মপোক অমা পোকহল্লগনি হাযনা কবিনা কন্না থাজবম্মী।

অসিগুম্বা ঈথেং শিন্থবকপা
অখোবশিংদগী অসিগুম্না ঈচেল
শিন্থরকপা মমা ওইবীশিংগী
মিত্তগী মাঙগ্লগত্রা উফুলক্তা
তিন্দুনা পৃথিবী লৈমায়গী ?
ঙম্নরোইদ্রা লৈবা মখোয়না
স্বর্গবু মমল পীহ্না ? ঙম্নরোইদ্রা
শিজৎপা পুথখিবা য়াম্নবা শেংলকম
মসিগী জগৎসিগী খেনথুমগী মপু

মহাক্কা ? নুমিদাংগী তপস্তানা
ওন্নরোইদ্রা পুরকপা অঙানবা নুমিৎ ?
অকিবগী মশক ফংলবা নুমিদাং অমদা
অশিবগী চৈক্নুদা য়ানথাইরবদা
অশি-পনবু মীনা, ফংলোইদ্রা।
উবা লাইশিংগী অমরগা মহিমা ?

ঠাকুরগুম্বা মীথোই-মীহে‌ংবা সাহিত্য শিল্পী অমনা অকরবা রচনা শৈলী অমা মতম কুইনা শিজিন্নবা হায়বসি ওইররোদবা য়ানি। "বলাকা" গী মান্নদবা ছন্দ খুৎইগী মওংতুদা মহাক "পলাতকা" (মথৌ শুনিংদবী, ১৯১৮) কবিতাশিং অমুক ইরক্লে। মসিদা গীতি কবিতাদা য়ারী ওইনা ইবগী অনৌবা খুৎই জাৎ অমমুক হোদোক্লে। কবিতাশিং অসিনা য়ারী অমমমগী কুয়োম ওইতুনা সাধারণ মীওইবগী অপিক অপিকপা নিংবা কায়বগী থক্মোয় শোক্লবা অব্রা-চৈনাথোলবু ময়েক শেংনা উৎলি।

"শিশু ভোলানাথ" (অঙাং, কাউগল্লবা ওঝা, ১৯০২) হায়বা লাইরিকসিগী কবিতাশিং শিশুগী কবিতাশিংগা মরী লৈননা উরবস্থ মসিদা য়াওরিবা ভাবতি তোঙাল্লি অমসুং কবিগা পুক্লিংদা অঙাংশিংনা পোকহল্লিবা ভাবপু কোঙদোকই। কবিনা জগৎ অসিবু মহাক্কা অপাম্বা মওংদা লেংবা খোৎপা ওমদ্রিবা অঙাং অমনা খোয়াংনা লেংবা মিৎয়েং অদুদা য়াম্না খোয়াংনা য়েংই।

মথংগা কবিতাগী লাইরিক "পূরবী" গী (নোংপোক্কী মুংশিবা সুর, ১৯২৫) থোইদোকপা মথলগী কবিতাশিং কবিনা থা আমেরিকাদা লৈরিঙৈদা জাহাজ মথক্তা ইথিবনি (সেপ্টেম্বর ১৯২৪ দগী জানুয়ারী ১৯২৫)। "মুক্তি" কবিতাদা মশাগী অব্রা-মুংঙাইগী য়াবু ফোঙদোকই।

"মহুয়াগী" (খোইহি পাম্বী, ১৮২৯) কবিতাশিংদা কবিনা নুপীশিংবু ইকাইথুম্নে। মসিদা য়াওরিবা কবিতাশিংগী মনুংদা খোইদোক্না পনবা য়াবশিংদি "লাম্নী" কৌবা কবিতা ময়াম অদুনি। মসিনা নুপীশিংগী তোঙান তোঙানবা মহৌশাগী ওইবা পুক্লিংগী ভাব অমসুং পুক্লিং হুরবা মশক-মতৌ অসিনচিংববু শীংথারি। "বনবাণী" গী (উমংগী পাউজেল, ১৯৩১) মগুন চেল্লবা কবিতাশিংদা অচৌবা অপিকপা, মশক খঙবা খঙদবা পাম্বীশিংগী মফমদা কবিনা তৌবীমল খঙবা উৎলি। মখোয়শিং অসিনা উৎলিবা থিংবা য়াদ্রবা অমসুং মাঙবা নাইদ্রবা পুন্সিগী শক্তম্না কবিগী মথৌনাগী অমসুং অনুপ্রের-নাগী হৌরকফম ওইরি।

"পরিশেষ" কী ( অরোইবা, ১৯৩২ ) কবিতাশিংদা হৌগ্রবা পুন্সিগী মতাং কয়া নিংশিংলুবদা কবিগী পুক্সিংদা পোক্লকপা ভাবশিংনা মপুং ওইনা ই। মসিদা ইক্সিবা খুৎইগী রীতিনা কূপ্না উশিনবদা অমসুং তদেক তদেকপদা 'বলাকা" গী থোনা অমসুং "ক্ষনিকা" গী অচম্বা মতৌশিং অদুদগী কবিতাশিং অসিদা যাওব্রিবসিনা থোইনা হেলহল্লি। মসিদা ঠাকুরনা ঈশৈগী তাম্বা মান্নবা শৈশকুম্বা শুমংৎনিংঙাই ওইবা অনৌবা লোন্দা অমা ম ং ফানা শেমগৎলি।' ছন্দদসু অহুন্না শেম্মী। মমৈগী কবিতা তরামরীতু ছন্দ মান্নদবা অমিত্রাক্ষরদা ই। মসিগী খুৎইসি তুংদা ফোঙলকদৌবা মুক্ত কবিতাশিংগী অহানবা মাওথাবা খৎইনি। ( মসিগী কবিতা তরামরীগী মথং ফোঙলকপদা লাইরিক অসিদগী লীথোক্লগ। "পুনশ্চ" হায়বা কবিতাগী লাইরিক্কা হাপচিনথিরম্মী )।

"পরিশেষ" কী কবিতাদা ফোঙদোক্লিবা ভাব অৱাবা চাক্কী নত্তে হুংঙাইবগীসু নত্তে, তপথবগী ভাব ওইরক্লে। "দিনাবসান" কৌবা কবিতাদা ( হায়বদি নোংমগী অরোইবা ) কবিনা মহাক অমুক হন্না মফমসিদা লৈবরোহদৌবা হুমিত্তুগী রাবু ইরি, মহাক্না হায় মতুদি মাগী মশাদা যাওরিবা থরায অরোহ অথম নাইদবা স্থষ্টি অসিদা তিন্দুনা লৈহৌরগনি অমসুং মাগী হুংঙাইবগী রসনা অফবা অমসুং খোইথুন্নববা অমসুং প্রকৃতিগী অমসুং মীগী অচম্বা থোদৌশিংদা অমসুং রাখলদা তিলহৌরগনি। মাবু নিংশিংননবগী অচৌবা মীফম ক্ষমগনি অমসুং তৌশিন্নবা নিংশিং ফুবা শারগনি হায়বসি মহাক থঙবফাও থঙচনিংদে।

ঐগী স্মৃতি ওইসনু মফমতুদা
লাপ্পবা ঐগী ঈশৈশিংগা ঝাউ
উপালগী উনাশিংনা ঙংলিবা শৈরোলগা
ন্না শকমিন্নথিবা। লৈথোঙতুদা
শেবালিকা লৈপানগী, লীক্লানা
নোকচবা মিকুপ' মতংগা। মফমতুদা
উইতুনা পোথারিবা উ-ম-রারুন্না
ফমিৎকী অচাইবা মশেদ-মঙাম্না
পরেং পরেং লৈতেংবা। মফমতুদা
ঐগী থবক্কী মতম পূম্বা লোনথিবা
তন্দে-মান্দে অরেম্বদা। মফমতুদা
পোথাথিবা ঐগী শুনিংদবনা

হাপ্তুনা মচু খিবিক্কী মঙলানবু
ভাব-রূপকী য়েন্দাইবু থম্না।

"পুনশ্চ" ( হাপচিল্লকপা শরুক, ১৯৩২ ), "শেষসপ্তক" ( অরোইবা সপ্তক, ১৯৩৫), "পত্রপুট" ( উনাগী তেঙ্গোৎ, ১৯৩৬ ) অমসুং "শ্যামলী" (কুচু মুবী, ১৯৩৬) গী কবিতা শিংদা ইরিবা মুক্ত ছন্দগী খুৎইসি ইংরেজী অমদি ফরাসীগী মুক্ত ছন্দগী পদ্য খুৎইদা চাংদম্নবদা মখোযগী পদ্য খুৎইসিদগীদি গদ্যগী খুৎইগতুম হেন্না নকশিন্নবা উই। মসিগী গদ্য খুৎইগী কবিতাশিং অসিবু থোইদোক্না মশক নাইহল্লিবসি গদ্যগী হৌনবী তাল মাত্রাশিং অসিদসু নত্তনা ইরিবা গদ্য লোন্দাশিং অসিনসুনি। কবিতাশিংসিগী বিষযবস্তু অসিনা অসিগুম্বা ছন্দ অমসুং লোন শিজিন্নবদা চপ চানহল্লি, নত্রবদি কম্বা কলেংনরবা মতুংগী মচাকশিংগী ভাব রস চপচানা ফোঙদোকপা ঙম্লোই। মসি ঠাকুরগী অনৌবা খুৎই নত্তে। অসিগুম্বা খুৎইগী কবিতাশিং য়াম্না মাঙজোনবা মতমদা ইগ্রবনি (তৌবগীদি মতুগী খুৎইশিং হৌজিক কৌরিবা মমিংসি থোল্লমদে)। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা খুৎইশিং অসিবু কবিতা ওইনা পুথোক্কদৌবদা য়াম্না চেকশিন্না থরম্মী। মরমসিনা মহাক্না অসিগুম্বা গদ্য খুৎইগী কবিতাশিং অসি "লিপিকা" ( খুৎই মচেৎ মচেৎ, ১৯২২ ) কৌবা রাবা মচেৎ মচেৎ যাওবা খুৎইসিগী লাইরিক্তুদা থোমজিন্দুনা ফোঙলম্মী।

"বিচিত্রতা" ( মচু মচুগী প্রতিমা, ১৯৩৩ ) কৌবা কাব্যসিগী বস্তুদি শান্তিনিকেতনগী লাইয়েকপা থরা অমসুং কবি মশামক অমসুং কবিগী চান্নবা মরুপ-মপাংশিং থরনা য়েকপা লাইশিং অতুনা ওইরম্মী। লাইবিকসিদা কবিতাশিংবু লাইশিং অসিনা য়েক্কুনা তাকপগী মতুত্তা কবিতাশিংনা লাইশিং অসিবু য়েক্লম্মী।

"বীথিকা" গী ( উগী লম্বী, ১৯৩৫ ) অহানবা কবিতা "অতীতের ছায়া" ( হৌখ্রবগী মমি ) হায়বসিদা লাইরিকসিদা য়াওরিবা মরুওইবা রা পুম্নমক ফোঙদোকই। কবিগী আত্মানা মনাক্তা লাক্কদৌরিবা থওঙম-উওমদ্রবা অরোই অথম লৈত্রবা হৌখ্রবা মতম, মাগী লীক্লাং পরেংদা থায়নগী শতাব্দী কয়া কযা, মখোয়গী থম্মোয় কায়রবা মতৌশিং, মখোয়গী অৱা-চৈনা কয়া কযা পোথাহন্দুনা মণি-মুক্তা ওইনা থামহনগ্রবা, হায়বসিবু ওক্লনবগী য়াম্না মপুক্কিং মরা তপ্না ঙাইরি।

"খাপছারা" ( মরি মরাংবা, ১৯৩৭ ) নাউত্তম ঈশৈগী ছন্দদা অঙাংশিংগীদমক অতম্বনা ইবা অতেনবা কবিতাশিংগী লাইরিক্তি ওইরগা অহলশিংনা পাবদসু অদুম মতুংঙাইবা লাইরিক্কি। ইয়াং য়াংনা ফজবা অমসুং হায়বদা কোল্লবা নোপ নোপ

লাউরবা ছন্দদা অথিংবা য়াওদ্রবা কল্পনাগী থোডজেন্না অনৌবা নাউত্তম ঈশৈগী কবিতাশিং অসিবু পাবদা থোইদোক্না হুংডাইহল্লি।

অমরোমদা "ছাড়ার ছবি" (শুর মান্নবা অয়েক্পা লাই, ১৯৩৭) গী কবিতাশিং য়াম্না শাংই অমস্থং মঙ্গংগী রস লৃগ্নী কবিনা মশি নহা ওইবশিংগীদমক ইরম্বনি তৌইওব্বস্থং অসি হায় হায়দুনম্ম রাখল মপাং ফাবাত্রিবা অপাবশিংনা মথোয় অসিবু হেক্তা লাইনা লৌশিনবা ঙমগনি হায়না কবিনা লৌখিদ্রে হাযবা নত্তে। মসিগী কবিতা কয়ামকমদা কবি মশানা নহা ওইরিঙৈ অমস্থং পাথও ফারকঙৈ মতাংগী রাবু নিংশিংদুনা ইরি। কবিতা অনীথক থোইদোক্না পনবা য়াই। "পিসনি" (ইনে) হায়বা কবিতাদা য়াম্না অহল ওইরবী অমগা ইমুং-মচুংগা কায়নঙৈদা রাখিবা থম্মুং শোক্লবা ফোঙদোক্তবা অরাববু উৎলি। মহাক হৌজিক মী তাত্রবা লম অমদা নোংম নোংমগী চোকথরক্লিবা নিংশিংবগী শক্তিগা অমস্থং অশিবগা অনীগী মরক্তা লৈরিরবৌনি।

লৈরংগী মতম অমা অচুঙৈ, মতমচুদা
য়ুম্লোন্নবশিংগী থোজান্না ওইথি মহাক
কনাগুম্বগী মমাগা পোকমিন্নবী মন্দোন,
ওইথি মহাক মোতিলালগী মবেনবোক,
চুনিলালগীনা মনে। নিংশিংগে
হোৎনরুবা অচুঙৈগী রা, থঙতৎ তৎথি
নিংশিংনবৈ পাঙ্গল, হায়বা ঙমদে মিং
অমফাও। হুংশা মপি হোন থম্বে
তন্দে মান্দে কযানি রাৎলিগবা
অস্থম লেন্দোবা।

প্রকৃতি অমস্থং লোশি-পাল্লিবা অসিগা কবিগা অস্নুপকী মতিক নপশিন্নথ্রে মচুদি মহাক মথোয়সিদা লৈরিবা মাগী মমুমদা হন্নিংলকপগী ভাব পোক্লকইবতু "পিছু ডাকা" (তুংদগী কৌরকপা, ১৯৩৭) হান্নবা কবিতাসিদা ফোঙদোকই।

"প্রান্তিক" কী (ঙমথৈ লমদমদা চৎপা মী, ১৯৩৮) কবিতাশিং পয়ার ছন্দদা ইবা অশাংবা অহমথক নত্তনা অতৈদি অতেনবা ঙাক্তনি। মসিগী কবিতাশিংদা কবিনা অনা-শঙ্গুমদুনা ক্রমশেন্নদুনা লৈক্লবদগী ফম্লক্লবা মতমদা (সেপ্টেম্বর, ১৯৩৭) অনা-শঙ্গুন্নিঙৈ মঙুংদা জ্ঞান মাঙনিং-মাঙনিং তৌরকপা মতাং শিবা চঙবা অনীগী মরক্তা

কবি মশাদা ফাওখিবা অৱাবগী ভাব অমসুং ৱাথলবু থাদুনা ইরি। কবিতাশিং অসি অনাবা ফৱকপা চহীসিগী সেপ্টেম্বর থাদগী ডিসেম্বর থা ফাওবগী মতুংদা ইখিবনি। ইৱোই লোইবা খ্বাইদগী তেনবা কবিতাদা পৃথিবীগী অনীশুবা লান্নাউগী হৌদোকপা ওইনা শোক্লখিবা চীন জাপান অনীগী লানবু কবিনা য়ানিংখিদবগী ৱা ইরি।

লীন অমোমশিং অকোয়বদা লৈরিবা
ফি ফি কান্নি, ফুইরি চুংশা খর চু চেন্নবা,
তারগনি হৌজিক্তি করেম-কথাইনবগুম
থোং-নৌরবা পাউতাকস্ত তাইশিন্নবগী।
বিদায লৌগ্রিঙৈ মখোয়দগী হায়জরি ঐনা
মখোয়দা হিংচাবশিংগা লান-শীংনগে
লাঙবশিং শেম শাদুনা লৈরিবা ময়ুম ময়ুমদা।

মথংগী কাব্যগী লাইরিক "সেঁজুতি" দা (হুমিদাংৱাইগী থাউমৈ, ১৯৩৮) ঠাকুরগী কবিগী মিৎয়েং হান্নগী মতৌচুদা অমুক হন্জিল্লক্লে হায়বা তাকই।

"প্রহাসিনী" গী (হেদোই হেরাওবী, ১৯৩৯) কবিতাশিং ইয়াং য়াংবা স্বরদা অমসুং হৱাও-তয়াম্বগী মতৌদা ই। তুংওইননা থাপ্না হুক্কেক্লম্লবা হৌখ্রবা অৱা-হুংঙাইবগী মমি "আকাশ প্রদীপ" (আকাশকী থাউমৈ, ১৯৩৯) হায়বা কবিতাশিংদা তারি। "সময় হারা" (মতম মাঙহনবা কাঙবু) কবিতাদা ঠাকুরনা নোংপোক বাংলাগী শৈরেং ইবা নহারোল কাংবুনা মখোয়গী শৈরেংশিং মীয়ামনা পান্নখিবসি ঠাকুরনা ৱাবীদবদগী তৌবনি হান্ননা মঙোন্দা তাইশিল্লিবা অমসুং ঠাকুরগী কবিতাশিংদি য়ান্না লিরবা মথলগীনি অমসুং চৎনরবনি হায়না অপাবশিংদা শন্দোক্লনবা লান্নরিবচু চপ চানা পাউখুম পীবদি ওইরগা অমেঙবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ইরি। কবিতা অসি খ্বাইনা খঙনরবা নাউশুম ঈশৈশিংগী খুৎইগা অমসুং অসিগুম্না খঙনরবা ময়ায় যুগকী কবিশিংনা ইরম্বা থরগা তোংশিন-য়ানশিন্নদুনা ইবা ফজরবা শৈরেং খুৎইসিনা অমেঙবা স্বর অমা য়াওহল্লি অমসুং পাবদা য়াম্না হুংঙাইহল্লি।

"নবজাতক" (পোকপদা ভাইরিবা, ১৯৪০) হান্নবা কাব্যগী লাইরিকসিগী অথন্নবা কবিতাশিংদা নোংচুপলোমগী যন্ত্র মথল মথল পুথোকপনা সভ্যতাদা করি কান্নহল্লগনি হায়বা ৱাহং অমা কবিনা হংলি। "প্রায়শ্চিত্ত" কবিতাদা পৃথিবীগী অনীশুবা লান্নাউ-সিনা তুংদা করি ওইরকলগে হায়বচু হান্নানা তাক্লি। মথং কাব্যগী লাইরিক "সানাই"

( বাঁশি ময়াম পুন্না থোংমিন্নবা, ১৯৪০ ) গী "অপঘাত" ( খুদোংথিবা থোদোক ) হায়বা কবিতাদা লান থোক্লগদৌবা হিংচা-য়াইতম্বগী থোদৌ কযাবু ময়েক শেংনা ইরি।

য়াংদৌ লম্বীদা তাথরক্লিবা হুমিৎকী
লৈথরক্লি হুমিদাংব্রাই হুংশা মঙাম্না,
মালংবসু চোকথরে, মালং থোঙব্রাই
লেপখরে; চরুনা থল্লবা শনগাডী
চৎলি লেংঙম-শাঙমদনা চিক্লবা লৌবুক
ক্ষাওত্তুনা লাপ্না তারিবা কৈথেলবু
তমত্তুনা নদীয়াগা; চিংলি শন্নাউ
অমসু থৌরিনা পুন্দুনা গাডীগী তুংদা।
রাজবংশীগী য়ুমগী মনাক্তা থুন্দুগী, পুন্নীগা
মপান্দুদা য়ম্লি তুমিন মচাম্নপা অহন্দু
ওঝা বনমালীগী, থোইজৈ খুত্তা পায।
খদক্তুদা থুংলৈ টেলিগ্রাম অমা:
ফিনলেণ্ড পুমতুম তুম্নে থাদরকপদা
সোভিয়েটকী বোম্না।

"রোগ শয্যা" গী ( অনাবনা তিপ্লিবা ফম্মুং, ১৯৪০ ) কবিতাশিংনা "প্রান্তিক" কী কবিতাশিংবু নিংশিংহল্লি। কাব্যসিদা কবিগী থম্মোয়দা ফাওরিবা অরাববু নিংবা কায়বগী মমি অমত্তা তাহন্দনা ফজনা ফোংদোকই।

হিকথরক্লবদা পাম্বোমগী পাঙ্গল
পায়ঙমদনা পোৎশক অমত্তা
থোরাংনা পামজবা ফাওরকই
চেতনাগী মঙাল অমা, উরে মতু
ঐনা অয়ুক্কী মঙালগা ইমান মান্নবা।
ইহাঙ হাঙবনি মত্র অত্রবু নত্তে অহাঙবা।
থঙলক্লে মতমত্তদা ঋষিশিংনা হায়রম্বা:
থুমহৎলমত্রবা আকাশপু আনন্দনা
নপশিল্লমগনি হকচাং অমসুং পুক্লিং
লংনাইত্রবা পাপকী পোৎচাক্তা, ভমগবা

কনানা হিংদুনা লৈবা কুপ্পমত্রবা আনন্দনা
অকোয়বা আকাশ।

"আরোগ্য" গী (অনা-লাইকোল্লবা, ১৯৪১) কবিতাশিংদা য়াওরিবা ভাব য়াংলপ তাই। মাগী অনীশুবা নহা পাথং ওইরকপগী মতাংদা মহাকপু প্রকৃতি অমস্তুং মীনা চানবীবগা লোয়ননা নাউকোনবিথিবগীদমক কবিনা তৌবীমল থস্তবা উৎলি। অরাপ্পদগী থীংলকপা কাংশি মথোন তাবদা কাউশ্রবা করিস্ম লৈত্রবা, মগুণ য়াওদ্রবা উথিবা তাথিবা কয়া কয়া নিংশিংলকই অমস্তুং মসিনা শোয়কদনা স্তংশিরবা পৃথিবীসিগা কায়নরগদৌবগী পুক্নিং নৌরবা রাবু ইনৌ নৌনা নিংশিংহল্লি।

তৌইশুস্তুং অস্তুয়া স্তংশিরবা পৃথিবী অসিগা কায়নবসিনা পুক্নিগী খোঙচৎ লোয়গনি হায়বদি নত্তে; লৈপাকলৈমগী উফুল্লক্তা তিল্লগা পুক্নিসে অদুম হিংদুনা লৈথিগনি হায়বনি।

কবি মশা হিংলিঙৈদা ফোঙবা কাব্য লাইরিকশিংগী মস্তুংদা "জন্মদিনে" (মপোক স্থমিত্তা, ১৯৪১) হায়বসিনা ইকোন কোনবনি। মসিগী চঙখোল্লবা কবিতাশিং অসিদা কবিনা নোল্লুকপগা লোয়ননা মহাক্কী পুক্নিগী অমস্তুং মহাক্কা পাঙথোকখিবশিংগী রা ইরি। তৌবিমল থস্তবা উৎপগী অমস্তুং থাগৎচবগী থোম্মোক কবিতাশিং অসিদা চেল্লি। চহী ছন্দ্গী মমাঙদা "সন্ধ্যা সঙ্গীত" তা ইবা হৌগৎখিবা রাবু "জন্মদিনে" দা অচাবা মতৌদা লোইশিল্লি।

রবীন্দ্রনাথকী ঈশৈশিংদা গীতি কবিতাদা (লিরিক) য়াওবা থুৎইগী হৈশ্নীংবগী অমস্তুং ইতিং তিংবগী মগুণদু য়াওই; মসিগী মরমসিনা মাগী ঈশৈশিং ছন্দতদা ফজবদুগী হেন্দোক্তনা ঈশৈগী হৌনবী গুণ প্রুমমক্কা লৈতেংই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর সাহিত্য শিল্পগী অমস্তুং অতোপ অতোপ্পা শিল্পগী মথল কয়ামরুমদা ফজবৰু শেমশাবদা তোপ তোপ্পা মগুণ চে ল্লবা মীশক অমনি অমস্তুং ঈশৈগী ফজবা অকার, ছন্দ অমস্তুং স্থর শেমদস্থ মহাক্কুবা অমমুক লৈত্রবনি। মহাক্কী স্থর থরদি ছন্দদা তাংদুনা অমস্তুং ঈশৈগী তাল য়াওশিনহন্দুনা নত্রগা তপথহন্দুনা শেম্মী। কব্রি কব্রিগুম্বদা ঠাকুরগী কবিতাশিংগী ছন্দ চৎনরিবা ঈশৈগী ছন্দগী তালগা চানদবা হেক হেক থেংনৈ, মসি ঈশৈগী শৈশক্তা নত্রগা স্থরগা চাননবা কবিতা ইথিবদগীনি। মাগী কবিতা অমস্তুং ঈশৈ থরদি ছন্দ অমস্তুং লোন অনীমক্তা তোঙান তোঙানবা তালদা শেম্মা য়াই; ঈশৈগী ওইনা অস্তুয়া শেল্লকপা মতম্মদদি মথোয়গী ফজবদুম হেক্কৎহল্লি। কব্রি কব্রিগুম্বদা কবিতা অমা ঈশৈগী স্থর পাল্লকপা মতমদা রাহৈ-রাতা থজিক শেমদোক-শেমজিন তৌই। ঠাকুরনা

শেহ্না ঈশৈগী সুর তাবদা হায়কম থওত্রবা ফুংশিবমা য়াওরি, মসি থুনক ঈশৈগা য়ুরোপলোমগী থওহৌদবা খোলহায য়াওবা অৱাংবা শৈদাগী ঈশৈশিংগা তোংশিন য়ানশিন্নচুনা শেমথিবনা নত্তে, সুপ্নগী খোঙ্গোক মশাদা য়াওজরিবা তাল, মাত্রা, ঈশৈগী সুর অমসুং জগোয়গী তাম্বাশিং অদু শকপা মতমদা ছন্দগা চাননবা লৈথোক-লৈশিন তৌত্নুনা শেম্বদগীনি। মরম অসিননি ঠাকুরগী ঈশৈশিং থরনা ছন্দনা পুন্নবা স্তব (শ্লোক) থিবদৌনা ফজরিবা।

মশাসী পুন্সি লোয়মদাই মতমদা ঠাকুরগী হোৎনজমন খোইদোক্লা মহৈ য়ানথিবসি গীতি ধর্মীগী হৌনবী অমসুং কবিতাগী চৎনরকপা অমত্তা ভাক্তনা ইবা ঈশৈশিং পুথোকখিবা অসিনি। মহাক্না "উর্বশী" অমসুং "ছবি" গুম্বা কন্না-কল্লেংনবা থুংইগী কবিতাশিং ফজরবা ঈশৈ ওইনা পুথোক্লম্মী।

ইংলণ্ডদগী হল্লক্লবা মতুং সাল ১৮৮১ দা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মাগী ইহান হানবা নাটক ইরম্মী। মসি হৱানবা ওইরম্বা বাল্মীকিনা অহানবা ঋষি ওইরকপগী ৱারীবু গীতি নাটক ওইনা ইথিবচুনি, মমিংনা "বাল্মীকি প্রতিভা" কৌই (১৮৮১)। হিন্দু কোলেজ অমসুং প্রেসিডেন্সি কোলেজগী হান্নগী অরিবা ছাত্রশিংগী চহীগী পুন্নপ উন্নথিবগী উপলক্ষ্যদা ঠাকুরগী য়ুমদা নাটক অসি শান্নথি (মার্চ, ১৮৮১)। ঠাকুরনা বাল্মীকিগী শক্তম লাংলম্মী অমসুং অতৈ অতৈ চরিত্রশিংগী শক্তম্না ঠাকুরগী মচিন-মনাউশিং অমসুং মথোয়গী মচানুপা মচানুপীশিংনা লাংলম্মী। "বাল্মীকি প্রতিভা" না বাংলা গীতি নাট্যগী (ওপেরা) জগত্তা পুম্নৌ লোবা মওং অমা পুথোক্লম্মী; মসিদা ঈশৈগী খোঙদা ৱারী-ৱাতাই শান্নরমদে, ঈশৈ অমসুং ৱারী-ৱাতাই শান্নবদা (ঈশৈ ওইনা শক্তুনা) অনীসি অমনা অমগী মত্তেং পাংনৈ। নাটক অসি মপূংফানা মহৈ য়াল্লম্মী। কুম্মৈ য়েংবশিংগী মতুংদা কলকাতাগী খোইদোক্লা শীংথানবা য়াব্রবা সাহিত্যকশিং অমসুং অথওু অহৈ মীওইশিং য়াওরম্মী।

মথংগী নাটক "কাল মৃগয়া" (শাদানবদা থরায মাঙবা, ১৮৮২) হায়রবসিসু "বাল্মীকি প্রতিভা" গী মওংচুগা মান্নরম্মী। ৱারীসু রামাযণদগী লৌথোকপনি; মতাংনা দশরথনা মরাইবক থীবদগী সিন্ধু মুনিগী মচানুপা হাংথিবগী মতাঙচুনি। নাটক অসিসু মথং চহীদা কোলেজগী অরিবা ছাত্রশিং অমুক হন্না উন্নবগী উপলক্ষ্যদা শান্নথিরম্মী।

"প্রকৃতির প্রতিশোধ" (প্রকৃতিনা লমন থুম্বা, ১৮৮৪) কৌবা ঠাকুরগী অহমগুবা নাটক মশা কাররাবদা লৈরিঙৈ হাক্তক্তা ইথিবনি, ঈশৈ থরনা কোন্না হাপ্লম্মী।

মসিদা ইহান হান্না ঠাকুরনা পুন্সিদা য়েংলিবা মাগী মিথয়েংবু ফোংদোকই। থম্মোয়না থোং-নৌবগী খুভময় য়োয়বতদা মরী ইথাং থাংনহনবা য়াত্রবা হুংশি-হুংওনগা পাঙকম থোকপা মথৌগা অনীসিবু শয়হনবা য়াই, সন্ন্যাসীগী পুন্সিদা চঙজবনা সমস্তা অমত্তা তুংকোইননা কোকহনবা ঙম্লোই অমসুং মীওইবগী পুন্সিদা চপচানা মহৈ য়ানগে হায়রবদি মীনা প্রকৃতিগা থুৎশয়বা ঙম্নবতদা ওইথোকই হায়বসি তাকই। "প্রকৃতির পত্রিশোধ" নাটক ওইবদগীদি গীতি রসনা হেন্না মপূং ওই অমসুং মসি রঙ্গমঞ্চদা থক অভিনয় তৌহনা শান্নখিদে।

মথংগী নাটক "নলিনী" (১৮৮৪) গী রারী কবি মশাগী কবিতা 'ভগ্নহৃদয়' (১৮৮১) হায়বদুদা য়াওবা রারীতুদগী লৌবনি। মসিসু রঙ্গমঞ্চদা থক শান্নখিদে।

"রাজা ও রাণী" (১৮৮৯) অঙ্ক মঙাগী অরাবা থোদোনা লোইশিনবা নাটক্নি। মসি দক্ষিনাত্যগী সোলাপুর কৌবা মফমতুদা ইথিবনি অমসুং নাটকমী অয়াম্বা শরুক শৈরেংদা ই। রারীগী মরু "মানসী" গী 'নিষ্ফল কামনা' হায়বা কবিতাতুদগী লৌবনি। নিংথৌ বিক্রমদেব মাগী রাণী সুমিত্রাবু কা হেন্না হুংশিমনখিবদগী নিংথৌগী মথৌ পাঙথোক্নবগী মতম ফংলমদে। সুমিত্রানা মসি পান্নমদে মরমদি অসুম তৌবসিনা মমৈদা মথোয অনীগী হুংশিনবদু পুম্নাঙ মাঙলরগনি হায়বসি মহাক থঙলম্মী। অদুগা অসিমসু মহাক থঙলম্মী মদুদি অশেংবা হুংশিবা হায়বসিনা কৈদৌঙৈদসু মী অমগী মথৌ থক কায়হনবা হৌনদে। মরম অসিনা রাণীনা মপুরোইবনা মাবু হুংশিবদা পূমলুপ লুপ্ত্না মথৌ থৌওইদবদুবু মহাক্না থোদোংলমদে। তৌইওমসুং রাণীনা মপুরোইবগী কা হেনবা হুংশি-হুংওনগী শাজৎ অদু থিংবা ঙমখিদে; অসুম্না হুংশি-হুংওনগা পাঙথোকফম থোকপা মথৌগা অনীসি মুরুরকপসিদগী মমৈথংদা অরাবা নংথিরম্মী। অসি নত্তবা কুমারসেন অমসুং ইলা অনী হুংশিনবগী অতোপ্পা রারী অমসু নাটকসিদা য়াওই, অদুবু মসিগী রারীসি রারী মপূংসিগা চানদে অমসুং অনীওবা রারীগী অঙকপনা থল্লবনা মরোইশিন অদু ওম্বোক্না ইচু চুশিন্দনা লোইশিল্লি।

অশোই-অঙামশিং অসি য়াওনা য়াওনা "রাজা ও রাণী" বাংলা লোন্দা ঙসি ফাওবদা ইথিবা অরাবা থোদোনা লোইশিনবা থ্রাইদগী ফজবা নাটকশিংগী মরুং চল্লি। নাটক অসি সাধারণ রঙ্গালয়দা হন্না হন্না শান্নখিরম্মী অমসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু কবি অমা ওইনা নত্রবসু নাট্যকার অমা ওইনদি মশক নাইহনখি। নাটক য়েংবা কাঙবুশিংনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু শক থঙনরম্মী। মহাক্কী উপন্যাস "বৌ ঠাকুরানীর হাট" (১৮৮৩) কেদারনাথ চৌধুরীনা নাট্যদা ইথোক্লম্মী অমসুং ঠাকুরনা ইবা হৈশৈ

খরস্থ মতুদা হাপচিল্লম্মী। নাটককসি ( রাজা বসন্ত রায় হায়না কৌতুনা ) অভিনয় তৌতুনা শান্নবদা মীয়াম্না যাম্না চংঙাইনা যেংনবম্মী। সাল ১৯০০ দা ঠাকুরনা অঙ্ক মঙাগী নাটক "প্রায়শ্চিত" মহাক্না ইবা মমিংসিমক কৌবা উপন্যাসতগী লৌথোক্ত্না, ইরম্মী। মনা য়াম্না কুইরবগী মতুংদা ( ১৯২৯ ) নাটকসি অমুক শেমদোক-শেমজিন তৌতুনা "পবিত্রাণ" ( অরাবা কোকপা ) হায়বা মমিং থোন্দুনা ফোঙলম্মী।

চহী নিফু লৈরগা ঠাকুরনা "রাজা ও রাণী" অনীশুবা রারীদু লৌথোক্ত্না অমস্থং চুশিন্নদবা মতাঙশিং শেমদোক্ত্না অমস্থং অনৌবা চরিত্র অনীথক্কা হাপচিন্দুনা "তপতী" কৌতুনা ফোঙলম্মী ( ১৯২০ )। মসি হন্দক্তি গদ্য খুৎই ঙাক্তদা ইরম্মী। 'তপতী" পুমনো নৌবা নাটক ওইরে।

"বিসর্জন" ( ১৮৯০ ) লিরিক ধর্মীগী অরাবনা পোলোই ওইবা নাটক্কি অমস্থং ঠাকুরগী খ্ৱাইদগী ফজবা নাটক অমনি। রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌতুনা শান্নবদস্থ অতৈদগী মসিনা পুমহেন হেল্লম্মী। মসিগী রারী ত্রিপুরাগী তরাতরেৎশুবা শতাব্দী মতাঙগী ইতিহাসতগী লৌথোক্লগা কবিনা নহা ওইরিঙৈদা ইখিবা উপন্যাস "রাজর্ষি" ( ১৮৮৯ ) দগী লৌবনি। আবেগ জ্ঞান অমস্থং পুন্সিবু পাক-চাউনা লৌবগী রাখল অসিগা অচুম-অরান খঙদনা ধর্মবু থাজবা, পাঙথোক্তদৌবা ইথৌ অথুবা মীৎয়েংনা য়েংবা অমস্থং অধিকারবু লান্না শিজিন্নবা হায়বসিগা নাকপাক তানদুনা লাম্থেংনবনা নাটকসিগী নাট্য বসনি। চরিত্র শেম্বদা অঙকপা ফংনা ফজৈ।

"চিত্রাঙ্গদা" (১) ( ১৮৯২ ) "বিদায় অভিশাপ" ( কায়নরমদাইগী শাপ, ১৮৯৪ ) অমস্থং "মালিনী" ( ১৮৯৫ ) লিরিক নাট্যনি ; তেনবা শাংবদা মথোয অহুমসি খরা থরা থেন্নৈ। "মালিনী" গী রারীগী ইঙ্গিৎ বৌদ্ধ সাহিত্যগী রারী "মহাবস্তু" হায়বতুদগী লৌথোকপনি অদুগা মতুবু ঠাকুরনা পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা ইখিবনি অমস্থং লোইশিন্নকপগী মতাঙনা মহাক্না লণ্ডনদা চৎপা অনীশুবা থোঙচত্তা ( ১৮৯০ ) উখিবা মঙ অমগী থোদোক্না যুম্ফম ওই। সাল ১৮৮৫ অমস্থং ১৮৯৭ কী চৈরক্তা ঠাকুরনা নোক্লিংবা রস য়াওবা নাট্য চিত্র মচা মচা কয়ামরুম অমস্থং প্রহসন অনী "গোড়ায় গলদ" ( অরানবা থোঙহৌ, ১৮৯২ ) অমস্থং "বৈকুণ্ঠের খাতা" ( ১৮৯৭ ) হায়বসিগা ইরম্মী। "গোড়ায় গলদ" মমৈদা অমুক হন্না ইথোক্ত্না "শেষরক্ষা" ( অরোইবদা

---

(১) চিত্রাগী ইংরেজীদা ইবা নাটক লণ্ডনদা অভিনয় তৌতুনা রঙ্গমঞ্চদা য়াম্না মায়পাকপগা লোইননা শান্নখি

কন্‌বা, ১৯২৮ ) কৌদুনা ফোঙলম্মী। হায়রিবা নাট্যচিত্রশিং অমসুং প্রহসনশিং অসিদা য়াওরিবা ফাগী-ফারাংশিং য়াম্না হুংঙাইনিংঙাইহনি অমসুং হৌজিক ফাওবা ইনৌদা নৌদুনা লৈরি। "গোড়ায় গলদ" সঙ্গীত সমাজদা লেখক মশানা পরিচালনা তৌদুনা ইহান হান্না শাম্নখি। মসি ভারতকী রঙ্গালয় অমসুং নাট্যকলাগী ইতিহাসতা মরুওইবা মতাঙ অমনি।

"চিরকুমার সভা" ( য়ুম্বাল্লরোইদৌবশিংগী সভা ) মথল অমগী নোক্লিংনবগী ইবা নাটক অাংনি। মসিগী রারী-রাতাই শান্নবতনা থওহল্লি অমসুং উপন্যাস পাবদৌনা পাবদা হুংঙাই। চহী কয়ামুক্কী তুংদা ( ১৯২৫ ) চপচাবা নাটক্কী মওংদা ইথোক্লম্মী। "চিরকুমার" অহানবদা "ভারতী" পত্রিকাদা মথং-মনাও নাইনা ফোঙদোক্লম্মী ( ১৯০০-০১ ) অদুগা লাইরিক মপুম ওইনা ফোঙদোকপদদি "প্রজাপতির নির্বন্ধ" ( প্রজাপতিগী হুংশিহৈত্তবা, ১৯০১ ) হায়না কৌরম্মী। থৃৎইগী মওংদদি মসিগা য়াম্না মান্নবা অদুগা চাউবদদি থবা পিকথবা নাটক্কি "কর্মফল"( ১৯০৩ ) হায়বসিনি। সিগী তুং থবা লৈরগা মসি "সোধবোধ' হায়না কৌদুনা অমুক হন্না ইথোক্লম্মী ( ১৯২৬ )। "চিরকুমার সভা" অমসুং "শোধবোধ" অনীমক রঙ্গমঞ্চদা মায়পাক্না শান্নরম্মী।

শান্তিনিকেতনদা তং তানা লৈরবগী তুংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা আধ্যাত্মিক ভাব রসকী গীতি নাট্যশিং ইবা হৌরম্মী। ইহান হান্না ইবা অসিগুম্বা ভাব-নাট্যশিং "শারদোৎসব" ( শরৎ ঋতুগী কুম্মৈ, ১৯০৮ ), "ফাল্গুনী" ( ১৯১৫ ) অমসুং "বসন্ত" ( ১৯২৩ ) হায়রিবশিং অসিদা প্রকৃতিগী মথল-মথেলগী রূপশিং ঋতুশিংদা ফোঙদোকই অমসুং ওল্লক্লিবা ঋতুশিং অসিগা মীওইবগী আত্মাগা অমত্তা ওইনা ওইথি অমসুং ত্যাগ থাদোকপা হায়বসিনা মতম কুইনা লৈহৌরগদৌবা "আনন্দ" হুংঙাইবনু হংনবগী অমত্তা ভাইরবা উপায়নি হায়বসি উৎলি। "শারদোৎসব" ফুজাবারীগী মওংদা ই অমসুং রারী শাগৎলকপদা যাত্রাগী প্রভাব চঙই। "ফাল্গুনী" গী নৌরবা রারীগী হৌরকফম মরু পালিগী মথাদেবগী রারীদগীনি ( মহাবস্তুদগী মালিনী লৌথোকুনা ইথিবগুম্বা )। নাটকসিগী মহুংগী রস "বলাকা" কবিতাদা য়াওরিবা সুম্বগা হাইরূপ চানৈ। কবিনা মরূপ-মপাংশিং, শাগৈ-ভাই অমসুং শান্তিনিকেতনগী ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিংগী মতেংগা লোয়ননা শীন্নাংদুনা নাটক অসি কলকাতাদা ( মার্চ ১৯১৫ দা ) অভিনয় তৌদুনা শান্নখি। অসি বাংলা রঙ্গমঞ্চগী অমসুং নাট্যকলাগী যুগলিগী ইতিহাসতা য়াম্না শীংথাননিংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি হায়বা য়াই। কবি মশামক নহা ওইরিবা কবি শেখর অমসুং অহল ওইরবা বাউল অনীমক্কী শরুম লাংদুনা নাটকসিদা য়াওরম্মী।

"রাজা" ( নিংথৌ, ১৯১০ ) (১) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী অহানবা ভাব নাট্যনি। রারীনা বৌদ্ধ লাইরিক্তা য়াওবা নিংথৌ কুশগী ( মহাবস্তুদগী লৌথোকখুনা ইথিবদোনা ) রারীদগী লৌথোকপনি। রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌদুনা শাম্নখিবা "রাজা" গী রারীগী অতোনবা সংস্করণ "অরূপরতন" ( রূপ লৈতবা অতাওবা মী, ১৯২০ ) হায়না মমিং থোন্দুনা ফোঙদোক্লম্মী। রাহৌদোক্তা মসিদা উৎলিবা ভাব-নাট্যগী রা তেনতরা ই।

"রাজা" অমসুং "অচলয়াতন" ( লেংদনা লৈবা সংস্থান, ১৯১১ ) অনীসিমক কবিনা অরাং বাংলাগী ময়ায় লমদমদা লৈরিঙৈ থা নিপালগী মতুংদা ইথিবনি। "অচলয়াতন" কবি মশানা শেমগৎপা রারীনি অদুবু রারী মতুংগী ভাব অমসুং মপানগী কুয়োম অনীমক থোক্ত হেক থোকখিবা ঐতিহাসিক রারী মাল্লি। খৃষ্টগী অহানবা চহী লীশিং অমগী মমৈগী শতাব্দীশিংদা অমসুং মথং চহী লীশিংগী হৌগৎলকপা শতাব্দী অমা অনীগী মতুংসিদা নোংপোক ভারত্তা মহায়ান চৎপা বৌদ্ধ কাওবুগী মরক্তা ব্রজথান অমসুং মন্ত্রজান কৌবা যোগতান্ত্রিক চৎপা কাওবু অনী থোরক্লম্মী। মতমসিদা ধর্ম শাস্ত্র, অমসুং দর্শন শাস্ত্র নৈনফম অমসুং অরাংবা থাক ফাওবা লাইরিক তম্নবগী মফম বৌদ্ধ বিহার কয়ামরুম য়াম্না থরায় য়াওনা লিংথৎনরম্মী। অসিগীসু মথক্তা আধি-ভৌতিক অমসুং আধ্যাত্মিক শক্তি ফংগে হায়রবদি অওকপা মতৌনা থল্লবা অকনবা সাধনা তৌদুনা অমসুং থাওমমরবা প্রায়শ্চিত্ত কয়ামরুম থাওদুনা হোৎনবা হায়বসিনা অমত্তা ভাইরবা লম্বীনি হায়বা অসিগুম্বা অন্ধবিশ্বাস মতমদুগী মীশিংগী থাজনবীনি। মী পূম্নমক অসুম্না থাজনখিবসিনা সমাজগী ফননবগী অমসুং বুদ্ধি লৌশিং চাওথৎনবগী লম্বীদা খুরৌ চেনহল্লম্মী অমসুং আধ্যাত্মিক সাধানাবু ফাগী তাহল্লম্মী; অমসুং ইতিহাসতা ফংবগী মতুংইন্না মসিগী থৌদোসিনা লৈবাক অসিবু লেংওম-শাওমদবগী লম্বীদা পুথখিদুনা লৈথা তাহলম্মী তৌফম থওহল্লমদে অমসুং মসিগী মহৈনা শতাব্দী কয়া চুপ্পা মীথা পোলহলখি। "অচলয়াতন" দা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইরিবছু ভাবনা শাজিনবা ওইনদি তৌরগা অসিগুম্বা ফকচিন্দুনা লৈরবা সামাজিক, মানসিক অমসুং আধ্যাত্মিকী অচুম্বা মশক ফজনা উৎলম্মী অমসুং মসিদগী করম্না লাম্থোক্কদগে হায়বদুসু মহাক্না তাক্লম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর বৌদ্ধশাস্ত্রদা নত্তনা ঐতিহাসিক দৃষ্টিসু ফজনা থওই হায়বসি নাটক অসিনা তাকই। "অচলয়াতন" মথৌনা লৈবা নাটক্কি অমসুং চুংভাইরবা নাট্যনি অদুগী মথক্তা বৌদ্ধ ধর্মগী তান্ত্রিক চৎপা কাওবুশিংগী মরাই

(১) ইংরেজী লোন্দা ইথোকখিবা মসিগী নাটকসিগী মমিং *The King of the Dark Chamber* কৌই

চাইথরকপা অমসুং পুম্নাও মাওথিবগী অমসুং আর্য অমসুং আনার্যশিংগী সংস্কৃতিগী মরমদা য়ানদবা অমসুং মমৈদা অনীসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নখিবগী মরম ময়েক্লানা ইরবা ইতিহাসনি।

"গুরু" (১৯১৮) "অচলায়তন" বু শমশিন্দুনা শান্তিনিকেতনগী স্কুল ছাত্রশিংনা রঙ্গমঞ্চদা শান্নবগীদমক ইখিবা নাটক্নি।

"ডাকঘর" (১৯১২) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খ্বাইদগী ইহেন হেনবা ভাব নাট্যনি। নাটকলোমদগী য়েংলুরবদি "ডাকঘর" নাটক্কগীদি বর্ণনা তৌবগী শরুঙ্গা য়াম্না হেল্লি অদুগা রায়ীগী শরুকসু থোইনা শিংথানিংঙাই ওইদে। কবিনা মসিবু নাটক্কী মওংদা ইবা 'গদ্য-লিরিক' নি হায়। তৌইগুম্বসুং পুরিংদা থৌনা পোকহনবা অমসুং থম্মোয়দা হেক পালহনবা অদুগুম্বা মথলগী নাটক্নি, অমসুং ইকোম কোম্না শান্নবদা খুদোং চাফাত্রবম, শান্তিনিকেতন্দা অমসুং অতৈ অতৈ মফমদা শান্নবদা মপুংফানা মহৈ য়ানখি।

"ডাকঘর" দা মী অমগী আত্মানা আধ্যাত্মিক লমথুংফম তানবগী ভাবপু ফোঙ-দোকই অমরোমদা মথংগী ভাব-নাট্য "মুক্তধরা" (ফাৎথব্রবা ঈচেল, ১৯২২) হায়বসিদনা মীওন্দা য়াওরিবা অচুম্বা শাজৎ-লমচৎনা জাতিবু মুংশিবগী অমসুং থবক শিল্পম থওবগী মিংদা অওৎ-অনৈগী শক্তি অমসুং ক্ষমতা পাম্বা শাজৎপু জয় তৌই হায়বসি উৎলি। "মুক্তধরা" না মও অমদা চহী কুনগী তুংদা থোক্লগদৌরিবা অনীগুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওনা থোকহল্লগদৌবা অমাঙ-অতাশিংগী রা মাঙজোননা থওহল্লি। মসি ইবা মতমদা ভারত্তা অসহযোগ আন্দোলন কন্না হৌরম্মী। নাটকসিগী রায়ীগী ঘটনাশিংদা মসি ফোঙদোকই।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ইরোই লোইবা অমসুং য়াম্না হকচিল্লবা ভাব নাট্যদি "রক্ত করবী" (অঙাংবা করবী, ১৯২৪) হায়বসিদি। অদুবু মসিগী চরিত্রশিং পুম্নমক ঈ-তোংগী মীদা মী হায়বদু ওই। য়াওরিবা মনোভাব মতিকচাবা রাহৈনা অমসুং ইঙ্গিৎনা ফজনা ফোঙদোকই অমসুং ইচং থৌনা শেমগৎলি অমসুং মসি য়াম্না মথৌনা রূপাঙ্গল লৈবা নাটক্নি। হৌজিক্কী চাওথৎলবা মীওইবা জাতিগী ভাগ্য বিধাতাবু মুংশিহৈত্রবা থুৎপায়দা পায়শিন্দুনা থম্নিংলিবা অমসুং মীয়ামগী পুন্সিবু লৈথা তারবা, তুকৎচরবা শা-ওাগী পুন্সি মরেনওম অমসুং থম্মোয় পাত্রবা মীওম চিংহন্দুনা লৈহন্নিংলিবা শক্তি অমসুং শেলগী মমিৎ তাঙলবা কলঙ্ক মিহৌবগী রাফম্না নাটকসিগী মরুওইবা বিষয়বস্তুনি। নাটক অসিনা পীরিবদি মীওইবনা মুক্তি খুত্তম ফংগে হায়রবদি জ্ঞান

অমসুং শক্তিগী খোঙ্জা প্রকৃতিগী লৈরিবা অচৎ-চত্ত পুন্নমকসিগা চিন্ন-চান্না পুজিসি লেনবা তাই হায়রমিনি।

ঠাকুরগী মথংগী নাটক্তি "গৃহপ্রবেশ" নি ( ১৯২৫ )। নাটকসিগী বস্তু কবি মশাগী বারী মচা 'শেষের রাত্রি' দগী লৌখোকপনি। মসি ইচম চম্বা নাটক্তি, মসিদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা তাকপগী রা অমত্তা য়াওদে। মসি সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা য়াম্না মায়পাক্না শান্নখি।

"নটীর পূজা" ( জগোয় শাবী অমগী পূজা, ১৯২৬ ) ঈশৈ অমসুং জগোয় অনীমক মরুওইবা শরুক য়ামিন্নবা নাটক্তি। মসিগী নৌরবা বারী বৌদ্ধ পৌরাণিক বারীদগী লৌখোক্লুনা কবি মশানা ইখিবা "পূজারিণী" দগী লৌবনি। মসি ঠাকুরগী মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পান্নরবা 'লিরিক' নাটকশিংগী মরক্তা অমনি। জগোয়গা ঈশৈগা পূনশিন্নবা নাটকী খুৎই জাৎ অমা নাটকসিদা পুথোক্লম্মী। "চণ্ডালিকা" ( ১৯৩৩ ) জগোয়-ঈশৈ হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুন্না য়াওবা নাটক মচানি। মসিসু বৌদ্ধ পৌরাণিক বারী "শাদূর্নকর্ণাবদান" (১) দগী লৌখোকপনি। "চিত্রাঙ্গদা" গা হাইরপ মায়ে। অকোনবগীসিদা নায়িকানা কনাগুম্বী অত্তোপ্পী মুপী অমগী মশক মতৌ শাজিন্নদুনা মহাক্না মুংশিজবা মুপাক্তুগী থম্মোয়বু ফংনবা হোৎনৈ অমসুং মহাক্না শাজিন্নবদু থাদোকলবত্তদা অমসুং মহাকী মুংশিবা অদু নত্তনা অত্তোপ্পা অমা লৈরক্লবদা মহাক্না নিংজবদু থুংলম্মী। "চণ্ডালিকা" দা অতোনবা জাত্তা পোক্লবী লৈশাবীদুনা মাগী মথরায় কথোকচপ্রবা লম্বোইবা আনন্দগী প্রেমবু ফংননবা মমানা মাগীদমক যাদু মন্ত্র শান্নরগী অমসুং মহৈ য়ানগদৌবা ঙাইহাক্তা ঙাইরবা মতম্নদা মহাক জ্ঞান তাক্লম্মী। মহাক্না আনন্দগী মশাবুদি ফংগনি তৌইগুমসুং মাগী থম্মোয়বুদি ঙম্লোই হায়বা খঙলক্লদুনা মমাদা যাদু মন্ত্র শান্নবদু তোক্লো হায়না থাম্লম্মী অমসুং মহাক মশামক আত্মত্যাগকী লম্বীরোমদা চৎখিরম্মী।

"তাসের দেশ" ( তাসকী লৈবাক, ১৯৩৩ ) কবি মশাগী রূপক বারী অমনা মুক্দম ওইদুনা ইখিবনি। মসি ইয়াং য়াংবা ঈশৈ অমসুং জগোয়না থলবা নাটক্তি। "বাঁশরী" ( ১৯৩৩ ) নাটক বারী-বাতাইমক্তনা শেম্বা মুংশি-মুংওনগী বারীগুম্না ইবা

---

(১) রেগনরনা বারীসি বরনাউক্তনা অনুবাদ তৌবদুদগী পান্নম্মী অমসুং মসিদা য়াওরিবা নাটকী মগুনদুনা বারীদুবু য়াম্না পাক্লম্মী। বারীসিদগী ওপেরা অমা ইগোকে হায়না মতম শাংনা থন্দুনা লৈরম্মী। ( মে, ১৮৫৬ তা ) মসিগী মগুং লাক্তুনা ইবা হোৎনখম্মী, মমিংনা *The Victors* কৌই

নাটক্নি। ঘটনাশিংবু মশা পালহনবা দৃশ্যশিং পংয়াণ্ড য়াওব্রবস্থ মতুনা মহাম তাহনবদি থোক্কে। মসি রঙ্গমঞ্চদা থক শান্নখিদে।

রবীন্দ্রনাথকী অরোইবা নাটক্কী লাইরিকশিংদি "চিত্রাঙ্গদা" (১৯৩৬), "চণ্ডালিকা" (১৯৩৮) অমসুং "শ্যামা" কৌবা অতেনবা নৃত্য নাট্য অহুমসিনি। ইকোন কোনবা নাটকসিগী ঘটনাশিং কবিনা বৌদ্ধশিংগী অরিবা লাইরিক্তগী লৌথোক্লনা ইবা 'পরিশোধ' (লমন শিংবা) কবিতাদগী লৌবনি। হায়রিবা নৃত্য নাট্যশিং অসিদগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী লিরিক নাটক থুংইগী থাক অসি য়োরে হায়বহ্ন থঙবা ওম্মী। মফমসিদা জগোয়না নাটক্কী মসুংগী ভাব ফোঙদোক্নবগী শরুক য়াই ঈশৈগী অরাংশা মেনথংনবা নত্রগা লৈতেং ওইনা থমদে। নৃত্য নাট্য অহুমসিদা ঠাকুরনা কাব্যদা ঈশৈ, জগোয় অমসুং নাটক অহুমসিবু চপ মান্নবা চাংদা হাপ্তুনা ফজববু ফোঙদোক্নবগী নাট্যশিল্পগী অনৌবা মথল অমা শেমগৎলম্মী।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর বাংলাদা অচুম্বা থুংইগী ৱারীমচা হৌদোক্লম্বা মীশক্নি (১৮৯১) অমসুং মহাক হৌজিক ফাওবদা ৱারী মচা ইবশিংগী মক্কুদা থ্বাইদগী অথোইবা ওইনা অসুম মরৈরি। তোঙ্গনা হিংলিবা মীচম মপা হুপীশিংগী পুন্সিগী ৱানা মাগী ৱারীমচাশিংগী মচাক্নি। ঠাকুরনা ইরম্বা ৱারী চাম্বরোম্নি অদুগা মথলদি ওম্বোক্না য়াম্মী। ঠাকুরনা ৱারীমচা ইনিংবগী ঈরাং মাগী পুরিংদা কমদোনা হৌরকখিবগে হায়বসি মহাক্না মাগী অহানবা ৱারীমচা ইবা হাক্তক্তা ইথিবা কবিতা অমদা অসুম্না হায়রম্মী (অদুগা চিঠি থরদম্ন পল্লম্মী)।

ৱারীমচা ইনিংবগী ৱাগ অমা ফাওরক্কে ঐঙোন্দা,
অমগী মথং অমা, ইশানা পামজবা মঙংদা,
চম্না হিংলিবা পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা-অনা
মথোয়না, অদুক হান্নদি চাউদবা,
অচম্বা থৌদোক-ৱাথোক পিক্তা পিকপা
চমদা চম্বা, পিগী চতুম চতুমগুম
শিম্বরকপদো নিংশিংবা লিশিং লিশিংদৈ
চেম্বখিবা ঈপাক তম্না অকাউবৈ।

নক্তে লৈতেংগদোবা ৱারীহ্ন মচু মচুনা
নক্তে থনগদোবা ঘটনামক্তনা

হাপ্পোই তত্বগী ব্রা অমতা
হাপ্পোই পাউতাকম্ব।

য়োরকপদা অরোইবা মতাঙ ফংলোই কনাম্ব
অপেনবা নত্তবগুম অরোইবদু অশেংবা অরোইবা।

পুন্নমক্তো থওইবিদ্রবা খক্তোকপীরবা,
পুন্নমক্তো কান্নদবা তারবা পুক্সিদা
খোমজিনগনি ঐনা ঐগী ওইনা মিকুপ থরগী
শেমগনি ঐনা মতুদৈ ফুয়রবা নোং
কাউগ্রবশিংগী নোংজু অহিং অমগী পুক্সিগী।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী অযাম্বা ব্রারীমচাশিং মহুংগী ঈচেল্দা মমি-শামিবা অরাবগী খোম্বোক অমা য়াওই। অতুমকপু মসি থাঙ্গৈশেংবা অরাবগী খোম্বোক্ত্ মক্তি নত্তে। পুক্সিগী অশেংবা মশকপু থওড়ু বদগী নিংবা কায়বদগী অমসুং হোৎনরুবা পুম্বা অরেম্বা তাখিবদগী খোক্লকপা মুংডাইতবগী খোম্বোক্সি। মহাক্কী অহানবা ব্রারীমচা ইবা হাক্তক্তা ঠাকুরনা ইখিবা ঈশৈ অমদা অসিগুম্বা মীওইপোক্কী পুক্সিদা খেংনরিবা নিংবা কায়বগী ভাব অসিবু য়াম্না নিংথিনা মযেকশেংনা ক্তোওদোকই।

চৎখিবা লাকপা অসিতনি মসি
চুন্নতা তাউরিবা ঈচেলথক্তা,
নত্তে মসি করি অমা নত্তনা
নোকপা কপ্পা ওন্ন-ওন্ননা
অঙান-অমমদা।
তাল চারুবদগী উন্নবনি মসি,
অতুক শোক্লম্বা চৎখিবদা:
হন্না যেংলম্বনি মসি হন্না অমুক্তং
মিৎনা চৎলমদ্বাই তাক্সাদা।
তান্নবনি মসি ফংননবা অনৌবা
মায়া মরীচিকা, থাদোক্তুনা অরেম্বা আশা।

অপাম্বদি লোইনাইদে, লোইথরে পাক্সলদি।
হোৎনৈ শিরগেমথৈ, ফংবনা খজিক্তা

মাইরৈ তাউবগা কায়রবা হিনা
ঈপাকথক্তা। ফোঙদোক্লিংবনা
ঙাইঙমদে, ফোঙদোকপনা মচেৎ মচেৎ।
তখায় 'মত্তনি ফাওনরিবা রা
থম্মোয়গা থম্মোয়গা ;
তখাই 'মত্তনি মসি রাহৈগী, হায়দোকপা
চমথিদ্রবা মদুম্ম মপুং ফানা ;
ইকাইবা, অকিবা, অথুকপা, থাজদবা
মরকসিদা মচেৎ অমত্তনি য়াওরিবদি চুংশিবা।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ৱারীমচাশিংদা মথল-মথেল থুৎইগী মওং অমসুং বিষয়বস্তু উবা ফংই অমসুং মথোয়শিং অসি চুংশি-চুংওনগী ৱারীদগীনা ভূত প্রেতকী ফাওবনি। সাহিত্যগী শিল্পকর্মরোমদগী য়েংবদা ঠাকুরগী ৱারীমচাশিং য়াম্না তনান তনাল্লি অমসুং মপুং ফাই, অমসুং অতৈ লোনগী ৱারীমচাশিংগা চাংদমবদা করিমত্তা নোংদে। কবিতা অমসুং ঈশৈ লেংথিবদৌনা ৱারীস্থ পুক্সিগী অরোইবা তাঙ্গা ফাওবদা কবিনা ইথিরম্মী। মাগী ৱারীমচাশিংবু কুপ্না থিজিল্লবদি ঠাকুরগী শিল্পকর্মদা মথল-মথেলগী খুম্মাং চাওশিনবগী ভাবশিং উবা ফংগনি।

ঠাকুরগী অহানবা উপন্যাস অনীগী ৱারী বঙ্গদেশকী তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী ইতিহাসতগী লৌথোকপনি। "বৌ ঠাকুরানীর হাট" কী ( নহা ওইবী ইবেম্মশিংগী কৈথেল, ১৮৮৩ ) বিষয়বস্তু ঘোষকী "বঙ্গাধিপ পরাজয়" দগী ( বঙ্গদেশকী নিংথৌগী মায়থিবা, ১৮৬৯ ) লৌবনি। অদুবু মসি ঐতিহাসিক মথলগী ওইনা লৌবদগীদি ইমুং-মচুংগী মথল ওইনা ওইনা লৌবনা হেন্না চানৈ। "রাজর্ষি" ( ১৮৮৫ ) চহী নৌরিবশিংগী উপন্যাসনি অমসুং মসিগী ৱারী ত্রিপুরাগী ইতিহাসতগী লৌথোকপনি। উপন্যাস অনী অসিদা য়াওরিবা মরুওইবা রাক্ষমদি রাথল অমসুং থম্মোয় অনীগী মরক্তা মুরুরিবা অদুনি। অহানবগীসিদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী প্রভাব থরদং তাবগুম তৌই অদুগা অকোনবগীসিদদি মসি তাদে।

মথংগী উপন্যাস চহী তরামঙারোম লৈরগা ইবনি। মসিগী মমিং "চোখেরবালি" ( য়েংবদা মিৎ নাবা, ১৯০২ ) কৌই। মসিদা ভারতকী সাহিত্যদা ইহান হানবা ওইনা মপাম্বোংদা উরিবা থৌদোকশিং অসিদা অদুক হাক্লা তাংদনা মীশিংগী থম্মোয়-চুদা অফ-ফত্তগী রাথলশিং মহৈ মহৈ মুক্তরকপদগী ফংলকপা মহৈদুনা ৱারীগী খোঙচৎ

ওইহল্লি। চরিত্রশিংগী মপুন্নিংদা হেক হেক ওল্লক্লিবশিংত্থবু চাননা ৱায়ী চথহল্লি মসি ভারতকী সাহিত্যদা তোপ তোপ তারবা ফজরবা খুৎইনি। হৌজিক্কালগী অপাবশিং থরনা ৱায়ীসিদা য়াওরিবা বাস্তব ঘটনাশিং অসিগা লোইশিন্নিবা মরোইশিন অসিগা চুশিন্নদে হায়, ঠাকুর মশামকম্ মসি খঙখিদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মসিগী মরোইশিন অসি নত্তবা অতোপ্পমা শেখা য়াদে। বিনোদিনীগী অরোইবা থোঙফমদা অসি নত্তবমা থোকহল্লুবদা মতমতুগী জ্ঞান লৈরবা অপাবা মী ফাওবা মরম ইচা চাদনা খাঙবদা ৱারবা চৈনা ফাওগনি, ঠাকুরদি অস্তুম্না অরা-চৈনাথোল পোকহনবা খুৎই হৈনবা মীশক নত্তে অদুগা কা-হেন্না মৌলিক ওইহন্নবস্থ মহাক থক হোৎনরমদে। (১) তৌইগুম্বসুং মতমদুদা মহান্না ইথিবা অশাংবা ৱায়ী "নষ্টনীড" (মাঙগ্রবা মকোন, ১৯০৩) হায়বদুদদি ঠাকুরনা "চোখেরবালিদা" তৌখিদবদু তৌরম্মী।

"চোখেরবালি" গী হেক মথংদা "নৌকাডুবি" (হি কাযবা, ১৯০৫) ইরম্মী। "চোখেরবালি" দা মী অমগী পুন্সিগী সমস্যাগা য়ুম্বানবদা থেংনরিবা সমস্যাশিংগা য়েৎশিন্নহল্লি। "নৌকাডুবি" দনা মরন্নাই পুন্সিগী সমস্যাগা সামাজিক সমস্যাগা য়েৎশিন্নহল্লি। "চোখেরবালি" দা ঘটনা অদুক যান্না থোক্তে অদুগা "নৌকাডুবি" দনা থৌদোক-ৱাথোক ৱাংখিদে। উপন্যাস অনীসিমক অহানবদা ঠাকুর মশানা সম্পাদন তৌবা "বঙ্গদর্শন" পত্রিকাদা মথং-মনাউ নাইনা ফোঙলম্মী।

ঠাকুরগী অথোইবা উপন্যাস "গোরা" দা (১৯১০) মী অমগী মরন্নাই সমস্যাগা, সমাজগীগা অমসুং লৈবাক্কীগা তোৎশিন যানশিন্নে। থৌদোক ৱাথোকী ঘটনা শেম্বদা খঙজিন্না শেম্বনে, মফোঙদোক্না নিংথিজবনে "গোরা" বু আধুনিক ভারতকী মহাভারতনি কৌনরিবসি অচুম্বমক্নি। মতমতুগী লৈবাকসিগী সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক্কী লাইবক উপন্যাস অসিদা থৌনা ফনা ফোঙদোকই অমসুং ইকুই বুইদনা চহী তরাগী তুংদা হৌরক্কদৌবা মহাত্মা গান্ধীগী অসহযোগ আন্দোলনগী ৱা মযেক শেংনা পল্লি। ঠাকুরনা

---

(১) কনাগুম্বনা মসিগী মতাঙদা অস্তুম্না মত পীবস্থ হাওই মতুদি ঠাকুরনা নায়িকাগী অরোইবা থোঙফম হরাও-তযান্না লোইশিনহনবা পামখিদে মরমদি অদম তৌরবদি মহাক পুম্না ওইনা ওইনা লুহোংবমা নত্রগা ময়ুম পান্দবমা অমদি থোক্লমগনি, অসিগুম্বা অবস্থাদা মাবু নায়কা লোয়ননা লৈম্নিন-চামিন্নহনবা হাযবসি নায়িকাগী হিংলিবা মপানা ওন্থোক্লা য়ানিংলোইদোবা ৱানি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পুন্সি নৈনহুনা অমসুং মহাক্না ইবা লাইরিকশিং পারগা ঠাকুরবু মুম্না খঙবা কনামত্তনা অসিগুম্বা ৱাসি য়ানিংফম থোক্তে

মাগী উপন্যাসশিং ইবদা রীতি অমত্তদা থক ইখিদে অমসুং "গোরা" দা ইরিবা খুৎই পুম্নমতোপ তোরনি।

"চতুরঙ্গ" ( মরীগী অপূনবা, ১৯১৬ ) হায়বা মমিংসিমরা তাকপগুম্না মরী ইরৈ লৈনদবা রারী মরী পূনশিনবা উপন্যাসনি; মসিগী রারী মরীমক "সবুজ পত্র" দা তোঙান তোঙানবা মমিং কৌদুনা হান্নদা ফোঙদ্রবনি ( ১৯১৫ )। থোক্লিবা লাইরিক্কী মমিংসিগী অর্থ অমনা "শতরঙ্গ" শান্নববুম্ন থঙনৈ অমসুং মসিনা তাক্লিবদি উপন্যাস অমা ওইনা মসিদা য়াওরিবা রারীশিং লৌচিং অমত্তগীনি হায়বসিনি। অদুগা নায়িকাগী মরাইবক মী মরী॥ খুত্তা তাদুনা মথোয় মরীসিনা অমগা মথংদা অমা মাগী মরাইবক লেপথিরম্মী হায়বসিম্ন খঙহল্লি। ইরিবা রীতিদা অমসুং পরিকল্পনাদা "চতুরঙ্গ" গা চাংদম্নিংঙাই অমমুক লৈতে অমসুং ভাব অমরোমদগী হায়বা তারবদা উপন্যাস অসি থ্‌াইদগী হেন্না মপুং মবা তারবা অমসুং মচু তারবা লোন অসিদা ইখিবা উপন্যাসশিংগী মসুংদা অমনি হায়বা য়াই। "চতুরঙ্গ" গী সমস্যাদি মপানগী ঘটনাগী নত্তে, মুপা নত্রগা মুপী অমনা করিগুম্বা ভাবাবেগকী খুদোংথিবা মতাঙ য়ৌরক্কবদা পুরিং অমসুং চেতনা শক্তিবু চাং অমত্তদা থম্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা অরাবা অদুগীনি।

"চতুরঙ্গ" গী হেক মতুংদা "সবুজ পত্র" গী লমাইশিংদা "ঘরে বাইরে" ( য়ুমদা অমসুং মপান্দা, ১৯১৬ ) ফোঙদোক্লম্মী। খুৎইগী রীতিদা অমসুং উপন্যাসকী মওং লাকপদা মসিনা ইনৌ নৌবমা হৌদোক্লম্মী। উপন্যাসসিদা য়াওরিবা ঘটনাগী মতম শতাব্দীসিগী অহানবা চহী তবাগী মসুং বঙ্গদেশকী অখণ্ড অাহৈশিং কাঙবুনা স্বদেশী আন্দোলনগীদমক মথুম-মরাং হৌহনখিবা হাক্কক অদুনি। বুদ্ধি লৌশিং চাউরবা মীওইশিং পুম্নমক লম কয়ামরুমদা খুম্নাং চাউশিন্নবগীদমক হায়বদি অর্থ নৈতিক্কা লৈবাকসিনা মনিংতম্না শীঞ্জ-লাংজবা, মুপীশিংগী মহৈ-মশীং তম্বগী রা, নীতি অমসুং ধর্মশিক্ষাদা থায়নগী চুনরক্কবা রাখল থাদোকপা অমসুং সামাজিক অমসুং সংসারিক অপুন-অরাকশিং পুম্নমত্তগী নৌংখা তম্বা অসিনচিংবা অসোমদা থোইদোক্না পুরিং চঙলক্লম্মী। মতমদু মুপা মুপীগী থেন্নবগী মরমদা নোংচুপলোমগী অনৌবা ভাব (মনস্তত্ব) লৈবাক অসিদা য়ৌরকপা মতম্নি। উপন্যাসসিগী নায়ক নিখিলেশনা মরৈবাকপু মুংশিজে, মাগী শাগৈ-ঙাই, মরুপ-মপাংশিংবু লুনা তৌই অদুগা মাগী মুপীবু থোইদোক্না মুংশিজে। অসুম্না মুংশিজবা অমসুং লুনা তৌবা অসিগীদমক মহাক্না থোইদোকপা তৌবিমলগী আশা নত্রগা অসিমা তৌরকদৌবনি হায়বগী অকন-অরীংশিংগী রাখল পান্নমদে। মহাক স্বদেশীবু কন্না শোগৎপা মাশক্তি ওইরগা বিদেশীনি হায়বা পোৎ পুম্নমকপু শোক পনবা য়াদে হায়বগী ভাব য়ানিংলমদে অমসুং হিংসাগী থৌদৌ পুম্নমকপুসু

মহাক পান্নমদে। মহাক্না মাগী হুপীবু মতৈ-মনাউ ওইবগী থম্মবগী রাখলদগী মনীং তমহন্নিংই অমসুং অহুম তৌরগা লুহোংবদগী পোক্লকপা হুংশিনবগী অশেংবা মহুংশিবু মাগী হুপীবু থঙহন্নিংই। মাগী হুপীনা মহাকপু অতাবী মথৌ অমা ওইনা তঙাইফদনা হুংশিগদৌবনি হায়বসিমা মহাক থনবা ফাওবা থন্নিংলমদে। উপন্যাসসিদা ঠাকুরনা লৈবাকসিগী অমসুং মপান লৈবাকশিংগী থায়নগী অরিবা চৎনবীগা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবগা অনীসিগী খেন্নবদু তাকই। রারী লীবগী মওংনা মপুং ওইবা চরিত্র অহুমসিনা মশাগী রা ইশিন্দুনা থম্মদৌনা অমসুং মশাগী ডায়েরিদা ইরম্বদৌনা ইরি, অসুম তৌনা মখোয় অহুমগী অথোই-অহেন তান্নহল্লি।

"যোগাযোগ" (মরী লৈনবা অমসুং তৎনবা, ১৯৩০) সুপ্পগী ইমুং-মচুংগী মুম্বানগী রারীনি। য়াম্না ইনাক-কৈরাক খুল্লবা পরম্পরাগী হৌন-লোনচৎ ডাক্না চৎলকপা হৌজিক শেলথুম পায়রবা ইমুং অমগী ভাবরীতি অমসুং অসিনা অক্ষবনি হাযনা থনবা ভম্বগী শক্তি লৈরবা রাখলগা মশানা কন্না নোমজবদগী অমসুং মরোশীংনা লাংখৎচবদগী লন-থুম মরাংকায়না পায়রবা চুম্নগী মীওই অমগী লৈবাক মচা তাদবা অমসুং শারমচৎকী অপাম মিহৌবগা অনীসিগী মরক্তা অঙম তান্নরিবদুনি উপন্যাস অসিদা উৎলিবা। অহানবদা ঠাকুরনা ইমুং অমগী মীরোল অহুমগী উপন্যাস অমা ইগে হায়না লাংখৎলম্মী অমসু' অহুমসিগী ইহান হানবা মীরোলতুগী রারীনি "যোগাযোগ 'তা (১) উৎলিবসি। তৌইঙুঙ্বসুং অনীঙুবা মীরোলগী মী হেক পোক্লকপগা রারীগী মথা তাথদনা অদুম তোকখ্রে।

"শেষের কবিতা" (অরোইবগী শৈরেং, ১৯২৯) বাঙ্গালোরদা সাল ১৯২৮ দা ইরম্মী। মসিদা রারী খুৎইগী অনৌবা মওং অমা হৌদোকই গদ্য খুৎইদা ইবা রারীবু শৈরেংনা মতেং পাংশিলহল্লি। মসিগী খুৎইসি সংস্কৃত সাহিত্যগী "চম্পূ" দা ইরিবদুগা চাউরাক্না মান্নবগুম তৌই। খুৎইগী মওং অমসুং মচুংগী মচাক্তা "শেষের কবিতা" উপন্যাস কাব্যরোমদনা হেন্না নকশিল্লি। মরম অসিনা চরিত্র শেষদা গদ্যগী খুৎইদা তৌবদৌনা মচিন থৌবা রাৎলি। মসি হুংশি-হুংওনগী রারীনি, ইরিবা মতা হুংশি হুংওনগী রারী পূম্নমকপু লোইশিনগে হায়বশিংগী মতাগুম্মী, মসিগী বিষয়বস্তু হৌজিক লোনরিবা ভাব অসোম্নদগী য়েংলুরবদি আধুনিক্তি হায়বা য়াই। হুংশিবা হায়বসিগী মশাগী মওংসিনা মসিগী অরোইবা পদ্মে ফংননবগী অকক্লবা লম্বী য়াৎপা

(১) উপন্যাসসিগী অহানবা শক্লক অনীদু অহানবদা "বিচিত্র" দা মথং-মনাউ নাইনা হাপথিবদু "তিন পুরুষ" (মীরোন অহুম) হায়না কৌরম্মী

য়াদে হায়রবসি লেখল্লা তাকই। মহাকপু সমালোচনা তৌখিবা নহারোল অইবা অমসুং সমালোচনায় তৌবা কাণ্ডবুনা ঠাকুরনা উপন্যাস অসিদা চপচাবা পাউখুম পীবগী তাবতা নাকোইননা ইরি। "শেষের কবিতা" করেম-কথাইনবগী য়াকলপ তৌবা লোন্দাদা ইরবস্ম মাবু সমালোচনা তৌখিবা মীওইশিং ফাওবা য়াওনা মীয়ামা থাগৎনখিদবা নত্তে।

"দুই বোন" (মচেম-মনাউ অনী, ১৯৩৩) অমসুং "মালঞ্চ" (লৈয়োনবীগী লৈকোন, ১৯৩৪) অশাংবা ৱারী নত্রগা উপন্যাস মচানি। ইরিবা বিষয়না "শেষের কবিতা" গীগা চাউরাক্লা মাৱৈ। হায়বদি নুপা অমনা নুপীবু নুংশিবসি মায়কৈ অনীদগী য়েংবা য়াই। মহাক্লা গতম অমত্তদা নুপী অমবু মাগী য়ুমগী নুপী ওইনা নুংশিবা য়াই অদুগা অতোপ্পা অমবুনা সুপ্লগী মাগী নুংশিজবী ওইনা। অসিগুম্বা মথলগী মনুংশিদা অচুম-অরানগী ৱা খোইনা লৈতে তৌইগুম্বসুং শাউন-খোৎনবা থোক্লকলোই হায়বদি য়াদে। "শেষের কবিতা" দা নুংঙাইনদবা য়াওদে; "দুই বোন" দা মসি য়াওই তৌইগুম্বসুং চান্ন-চিন্ননা লোইশিল্লি অমসুং "মালঞ্চ" দা নুপী মশেন নুংঙাইনদে তৌইগুম্বসুং নুপাগীদি মসি লৈখিদে।

"চার অধ্যায়" (পন্দুপ মরী, ১৯৩৪) সিংহলদা (শ্রীলঙ্কাদা) ইখিবনি। মসি উপন্যাসনি হায়বদা করিস্ম চিংনিংঙাই লৈতে তৌইগুম্বসুং শাংবরোমদগী য়েংলবদি অশাংবা ৱারীদগী থজিক্কমক হেল্লি। উপন্যাস অসিদা অসহযোগ আন্দোলনগী মতুংদা বঙ্গদেশতা হিংসাগা লোইনরবা বিপ্লবকী থৌদোৌশিং হৌরকপগী মরম অমসুং কান্নবা করিনো হায়বদু পুথোক্লবা হোৎনৈ। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মসিদা উৎলিবদি মরৈবাক নীংবা অমসুং মীওইবগী কান্নবা তৌবা হায়বসি ফনা য়াম্না অফবা ওইদুনস্ত তৌরিবা মী মশাদুনা মাগী মপুরিংদা মতুবু য়ানিংদ্রবদি থবক অদু পাঙথোকফম ইথোক থোক্তে। স্বাধীনতাগী আন্দোলনবু মপান নাইদ্রবা মীনুংশিগা লোয়ননা মহাক্লা থনখিবা অমসুং মরৈবাকী মনিং-মথা তম্মনবগীদমক ময়ায় নহারোল নুপা নুপীশিংগী মফমদা মহাকী শ্রদ্ধা ভক্তি অসিনচিংবসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মাগী ইরোই লোইবা উপন্যাস অসিদা তরং তরং উৎলমী। অসিগী মথক্তা মহাকী থৌরবা অমসুং শাংনা উঙম্বা মিৎয়েংনা হৌরকদৌরিবা বিপ্লবকী থুপ্পুনা লৈরিবা ইমু-নাইমু তানগদৌবা খুদোং থিবদুবু উখিদবা নত্তে। বিপ্লবসিগী মরমদা ঠাকুরনা কুপ্পা নৈনদুনা তুংদা করি থোকহল্লকদৌরিবনো হায়না তাক্লিবদু চুম্মী হায়বসি উপন্যাস অসি অহানবা হেক ফোঙদোক্লকপদা পানখিবা সাধারণ অপাবশিংগী পুরিংদা কয়া হৈনিংখিদবা মতৌসিনা তাকই।

বিপ্লবকী আন্দোলনগী অহানবা হেক হৌরকপা মতমদা মকোকথোংবা লুচিংবা অমা ওইখিবা ব্রাহ্মবান্ধব উপাধ্যায়গা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা হকথেংননা উন্নরুনা রারী রাতাই শান্নখিবগী মতাঙ ঠাকুরনা উপন্যাসসিগী রাহোদোক্তা শন্নপ্পা পল্লমী। শান্তিনিকেতনগী স্কুল লিংখৎপা মতমদা ( ১৯০১ দা ) মহাক ঠাকুরবু খোইদোক্লা তেংবাংখিবা মীশক অমনি। রাহোদোক অসিবু মরম ইচা চাদনা আপতি তৌনরম্মী অমসুং ঠাকুরনা মীয়াম্না অসুম্না মুণ্ডক মুণ্ডক ঙাঙনবতুবু ইকাই খুম্নরুনা উপন্যাস অসিগী অহানবা সংস্করণ য়োনবা লোইশিন্নিঙৈদা রাহোদোকসি উপন্যাস অসিদগী লৌথোক্লম্মী।

প্রবন্ধ লেখক ওইনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর হেক হোৌগৎলকপদগী হৌনা শক্লাইবা মীশক অমা ওইরকই, তৌবগীদি মহাক্কী কবিগী মিংচৎনা গদ্য লেখক্কী মগুণবু মতম ফনা শাংনা কুপ্লু না থম্লম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর গদ্য খুৎইদা চপচানা খুৎলোইনা ইথিবসি কবিতা খুৎলোইনা ইবদগীদি ফনা য়াম্না হাল্লম্মী। মহাক্কী অহানবা কোষগুণ নৈনদুনা ইবা প্রবন্ধ ( ১৮৭৬ ) অদুদা মহাক্কী মশাগী ওইবা ভাব ফোঙদোক্লিবা অদুগুম মতমগী অহৌোন নহারোল লেখক অমত্তুনা ইরক্কনি হায়বসি থাজনখিদে। বিষয় কয়াম্নকুমগী মরমদা প্রবন্ধ ইবা মহাক স্নক্লেপ লেপ্লমদে। মহাক্না ইরিবা বিষয়শিংসি সাহিত্যগী আলোচনা অমসুং সমালোচনা, সামাজিক সমস্যা অমসুং রাজনীতিগী লুরবা রাফম, ধর্ম অমসুং দর্শন শাস্ত্রগী মরম, সঙ্গীত অমসুং ব্যাকরণ, লমকোই রারী অমসুং মশাগী পুন্সি রারী অমসুং ফাগী-ফারাংগী খুৎই অসিনচিংবশিং অসিনি।

ঠাকুরগী প্রবন্ধশিং ওইনিংবা বিষয়বস্তু অমগী ওইরবস্থ অয়াম্বনা আলোচনা তৌদুনা ইবা শরুক্তগীদি সৃজনক্কম খুৎইগীনা হেল্লি। কালিদাসকী কাব্য অমসুং নাটক্কী অমসুং বানভট্টগী "কাদম্বরী" গী মরমদা ইবা মাগী প্রবন্ধশিংনা সংস্কৃত কাব্য-শিংগী ফজবা অমসুং মতুং হুজিল্লবা মতৌবু অনৌবা মওংদা পুথোকই। ভারতকী যুগ করাগী আধ্যাত্মিক জীবনগী অশেংবা মশক তাকপদা মপা অমমুক লৈত্রবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি। মহাক উপনিষদকী ঋষিশিংবু শ্রদ্ধাভক্তি অমসুং চুক্তিগা লোয়ননা খঙবগুম বরাণসীগী কবির অমসুং কুষ্টিয়াগী লালন ফকিরবুসু খঙই। ভারতকী ময়ায় অনৌবা যুগকী আধ্যাত্মিক কবিতাশিং সভ্য জগত্তা পাউজেনখিবসি মহাক্নি। ফজবা অমসুং সত্য য়াওরবা পোৎশক অমত্তবু ঠাকুরনা মপুক্কিং চঙথিদবা লৈতে। অঙাংশিংগী নাউত্তম ঈশৈগী মরমদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা প্রবন্ধ ইত্রিঙৈ মমাঙদা কনামত্তনা বিষয় অসিবু য়েংশিল্লমদে। মহাক্না নাউত্তম ঈশৈগী অমসুং খুল্লক ঈশৈগী মরমদা ইবা প্রবন্ধশিং নিংখিজবদা নিংখিজবা হায়বত্তুমুক য়োনা নিংথিজে। ভারতকী নাউত্তম ঈশৈ শৈদাগী কবিতাশিং ইহান হান্না খোমজিন্নবসি মহাক্নি। ঙসি ফাওবদা আধুনিক সাহিত্যগী

খ্বাইদগী অথোইবা সমালোচক্তি ঠাকুরনি। মহাক্কী "পঞ্চভূত" (পোৎচাক মঙা, ১৮৯৭) সাহিত্য অমসুং ফজবগী মরমদা নৈনবা তত্ত্বগী রা সমালোচনা তৌদুনা ইবা লাইরিক্নি; মসি পাবদা কাব্য অমসুং উপন্যাস পাবদৌনা নুংঙাই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর বাংলা লোনগী ব্যাকরণ অমসুং ভাষা তত্ত্বদা মপুক্নিং থিংজনখ্রী। মহাক্কী "শব্দতত্ত্ব দা (১৯০৯)" আধুনিক বাংলা লোনগী ধ্বনি তত্ত্বগী মরুওইবা রাকম থরা পুখোক্নখ্রী। "বাংলা ভাষার পরিচয়" (বাংলা লোনগী মরমদা খঙকম থোকপা রা, ১৯৩৯) হায়বসিদা বাংলা ব্যাকরণ ইবশিংদা থম্‌নিংঙাই ওইবা রাকম থরা পুখৎলখ্রী।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ভারতকী অরিবা ইতিহাসপু শন্দোক্না ভাকপদা খ্বাইদগী হৈশিংবা মীশক্নি। হৌখ্রবা মমাংঙৈগী রাবু খঙনিংবা মীশক ওইবদগী মহাক বৌদ্ধ লাইরিকশিং য়াম্না কুপ্না পারখ্রী। অসুম্না পাখিবসিনা কবিতা অমসুং নাটক ইবদা নত্তনা প্রবন্ধ ইবদসু মহাক থোইদোক্না মায় পাকখিরখ্রী। "ভারতবর্ষের ইতিহাসের ধারা" (ভারতবর্ষগী ইতিহাসকী ঈচেল, ১৯১১) হায়বা প্রবন্ধসিদা মহাক্না আর্যশিংনা লৈবাকসিবু জয় তৌদুনা থুন্দারবদগী হৌদুনা ঐখোয়গী লৈবাকসিগী ইতিহাসতগী ফংলিবা লৈবাকসিনা পামজরকপা মরু ওইবা মচাক থরা ঐখোয়দা খঙহল্লি। চপচানা হায়বা তারবদা মসি ঐতিহাসিক প্রবন্ধমক্তি ওইদবসু য়াই তৌইগুমসুং বিষয় অলোমদা ইবা তত্ত্বগী মরমদা নৈনবা রারেংশিংদগীদি মসি খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বা য়াই।

ধর্মগা মরী লৈনবা বিষয়শিংগী মরমদা ইবা মহাক্কী প্রবন্ধশিং অমসুং শান্তিনিকেতনদা চয়োলগী কথা সভাদা মহাক্না পীখিবা ধর্মগা মরী লৈনবা পাউতাকশিং সাহিত্যগী হোনবী মগুণ পুম্নমক অমত্তা রাৎলমদে অমসুং মথোয়দা য়াওরিবা অরাংবা অমসুং থুপ্পবা রাকমশিং খ্বাইমক্না থাগৎনথি।

রাজনীতিগী মরমদা ইবা মহাক্কী প্রবন্ধশিংদা, মরুওইনা "স্বদেশী সমাজ" দা (১৯০৪) অমসুং পাবনাদা ফমখিবা প্রাদেশিক সম্মেলনদা পীখিবা মহাক্কী সভাপতিগী ভাষনদা (১৯০৬) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লৈবাকসিগী খুঙ্গং শেমগৎ-শাগৎনবা থৌরম পরেং তাক্লখ্রী। মসিগী থৌরমশিং হৌজিক্কী সরকার অসিনা শেম্লিবা থৌরাংগী পরীং অসিদগী ফনা য়াম্না খুম্নাং চাউশিন্না উই।

ঠাকুরগী অহানবা লমকোই রারীগী লাইরিক্তি "য়ুরোপ প্রবাসীর পত্র" (য়ুরোপতা মতম থরা কোয়রিবা মপা অমগী চিঠি, ১৮৮১) হায়বসিনি। চিঠিশিং অসি মহৈবাক্তা লৈহোবা মাগী শাগৈ-ঙাই অমসুং মরুপ-মপাংশিংদা ইখিবশিংনি। ইবনা ঙাংনচৎনরিবা লোন্দা ই। অসিগী তুংদা মহাক্না ভারত অমসুং মপান লৈবাকশিংদা

কোয়ন্তবগী য়া ইবা লাইরিক তকক অময়া অমসুং অচোইবা প্রবন্ধ কয়ামরুম অমা ফোঙদোক্লম্মী।

"জীবন স্মৃতি" (১৯১২) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী নহা ওইরিবা মতাংগী পুন্সিগী ৱারীনি, নিংশিংবা ওন্নিবা চহী মতাংদগী হৌরগা "কড়ি ও কোমল" ফোঙদ্রিবা মতাং ফাওবগীনি। মসিদা ইন্নিবা থেক-খোয়নবা অমসুং নোপ নোপ লাউরবা নৌরবা খুৎই শুমংৎনবগী মশক্কি। মশাগী অশেংবা মশক তাকপদা ঠাকুরনা তম্বদা খোক্লরোইদৌবা অমসুং মশাবু মশাদগী তোঙান্না থমদুনা তাকপগী খুৎই অমা শিজিন্নে। "ছেলেবেলা" (অঙাং ওইরিবগী মতম, ১৯০৪) নহা অঙাংশিংগীদমক ইবনিসি হায়রগা অহনশিংনা পায়বদম্ব অতুম কুংঙাইবা লাইরিক্কি। মসি "জীবন স্মৃতি" দা য়াস্থোদোকশিংদু হাশচিন্দুনা ইবনি। "গল্প-শিল্প" সী (অঙাংগী য়া, ১৯৪১) ৱারীশিংসু অঙাংশিংগীদমক ইবনি অমসুং মাখী অঙাং য়াম্না ওইরিবগী ৱারীনি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কলমা চিঠি ইবগী খুৎইবু বাংলা সাহিত্যগী খুৎই মথল অমগী থাক্তা থাঙৎলম্মী। মাগী শাংলবা পুন্সিদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মমীং লাকওমত্রবা চিঠি কয়ামরুম ইরম্মী অমসুং হায়বা য়াই, অসিগুম্বা চিঠিশিং সাহিত্যগী ফজবনা পীক থল্লি অদুগা অয়াম্বনা য়াথল থন্নিংঙাই মচাক য়াম্না য়াওই। ঠাকুরগী চিঠি থরা অমদি লাইরিক কয়াম হম খোক্লা ফোঙদোকপ্রে অদুগা অয়াম্বা শরুক্লা খোমজিন্দনা অমসুং ফোঙদোক্তনা লৌরি। "ছিন্ন পত্র" (শেগায়বা চিঠিশিং, ১৯১২) হায়বসিদা মহাক্না মাগী মরুপ-মপাংশিং অমসুং শাগে-নাতৈশিংদা ইখিবা চিঠিশিংদগী লৌখোকপা শরুকশিং থম্না য়াওই। মতমদুদা ইখিবা কবিতাশিং অমসুং ৱারীমচাশিং কুপ্না খঙনবা হোৎনবদা "ছিন্নপত্র" পাবা কান্নগনি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা সৃজনক্ষম শিল্পী অমা ওইনা অহোইবা খোঙকমদা য়াথিবা মখোদাং লাইরেকপা অমগীনি। মহাক হায়না য়েক-খোৎপা হৈবা মী নত্তে অদুগা হৈনবসু থক তমখিদে ত্তৌইগুবসুং মশাগী চহী হুম্ফু চনশিন্নকপা মতাংদা ইখঙ খঙহৌদনা মশানা শেমজবা থাইসীগা ইমান মান্নদবা য়েক-খোৎপগী কীর্তি মথল অমা হৌদোক্লকখি। কাব্য ইবা হৌগৎলকপা অমুক শিন্দোকদৌবা খুৎইশিংগী কামাইদা কান্থ-কান্নল খোক্তুনা শায়রমগী অম্না য়েক-খোৎপসি হৌখিবনি। মহাক্না মাগী মরুপ অমদা ইবা চিঠিগী মচুংইদা অময়া পৎখোৎ খোত্নুনা শায়বা লাইয়োলশিং অসিনা মখোয় মসাবু ফোঙদোকপীননবা কবিগী মতমদা মঙ-ঙম্না ওইনা [illegible]। মহুৎকী পুন্সিদা লাইয়েক্সিংবগী য়েকবশিংদা [illegible] [illegible] [illegible]

সাহিত্য ইনবগীদমক ফাওরকখিবা অতুগা থেম্নরম্নী। অকোনবগীগিদনা ভাবনা হাম্না লাকই অমস্তুং কলম তারবা মতমদা মওং (রূপ) শাগৎলি অতুগা অহানবগীসিনা ভাবনা য়েক্লিবা লৈয়িগী মতুং ইরৈ অমস্তুং মতুংগী মওং শেমগৎলকই। সাহিত্যগীগা চাংদম্নবদা য়েক-খোংপগী শিল্পী হৌরককনা ঠক্ক ইহন হেক্না শূন্যনা মরা তাই মও-হাগী (অবচেতনাগী) লমদমদু ফাওবা য়োই; ভাব অময়োমদা হাযবা তারবদা শিল্পরীতিগী প্রেরনানা কবিগী সাহিত্য থুৎহৈশিংবু মপূ কাহল্লি হায়বনি। মহাক্তী অয়েকপা লাইশিংদা ওইথোক্লমোইদোবা শক্তম অমস্তুং দৃশ্য, সুংগুক-তুংজানবা অমস্তুং হায়কম খঙবা মওং-মতৌ কয়ামরুম য়াওই তৌইওবস্তুং মাপ্পা সাহিত্যগী থুৎহৈশিংদসি মনি য়াওদে। পূন্নমক অস্লিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু পৃথিবী অসিদা পোকখিবা থ্বাইদগী মপূং কায়বা শিল্পীশিংগী মরক্তা অমা ওইহল্লি।

### ২৩ শুবা পন্দুপ

## ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা মতাঙ

১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাই চহী মতাঙদা ধর্মনা অমসুং সংস্কৃতিগী শাখিনা হকচিল্লবা শাজৎনা নোহোননা মরায় কাংখৎলকপনা জ্ঞান, বুদ্ধি অমসুং সাহিত্যগী চাওখৎনবগী হোৎনবা থৌদোশিংদা য়াম্না য়েখাল্লবা পীরম্মী। অসিগুম্বা হান্নগী শাজৎপু অমুক নোহোননা পুথোক্লবা হোৎনয়কপসিবু থিংননবা রবীন্দ্রনাথ মথন্তনা লাম্বা পারম্মী অমসুং মসিগী অহানবা মতাঙদি মহাক্না ওয়ন্মী। মথৌনা লৈরবা যেন্নবশিংতু নমহৎপা ওয়ৰস্থ মথোয়গী হায়বা ইন্নবা লোয়নবশিংতুবুদি ইরাই লাইনা মাঙহনবা ওয়মদে মরমদি "বঙ্গবাসী" কৌবা য়াম্না লাউ-থোক্লবা মথোয়গী মুখপত্র অমা লৈরম্মী অমসুং মাবু নোক্লতুনা ইবা হৈবা লেখকশিং, যোগেন্দ্রচন্দ্র বসু, ইন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায অমসুং কালী-প্রসন্ন কাব্য বিশারদনচিংবা ইবিনবা মী লৈরম্মী, তৌববুদি "সঞ্জীবনী" কৌবা প্রগতিশীল ওইরবা ব্রাহ্মণ সমাজগী অমসুং অতৈ মীচং-মীথায নাইদ্রবা সাধারণ লাইরিক লাইশু হৈরবা কাওবু৷ মত ফোঙদোক্লনবা পত্রিকা অমদি লৈরম্মীদি হায়ববু কৃষ্ণকুমার মিত্রনা সম্পাদন তৌবা পত্রিকাসি ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদগীদি রাজনী-তিদনা হেন্না মপুক্লিং চঙলম্মী। মরম অসিনা রবীন্দ্রনাথ অমসুং মাগী মরুপ-মপাংশিং মতামত কয়ামরুম ফোঙদোকপা য়াবা চয়োলগী পত্রিকা অমা পুথোক্লিংলম্মী অমসুং মসিনা মরম ওইতুনা "হিতবাদী" পত্রিকা ( এপ্রিল ১৮৯১ ) পোকখিরম্মী। পত্রিকা অসিগী মূলমন্ত্রদি "হিতং মনোহারী চ দুর্লভং বচঃ" ( থাজবা অমসুং পুক্নিং পেল্লিংঙাই ৱাতাদি য়াম্না তাংই )। সাহিত্যগী বিভাগ রবীন্দ্রনাথনা পুরম্মী অমসুং অপাবশিংগী মুংঙাইহন্নবগীদমক মহাক্না ৱারীমচা ইরম্মী, অসিগুম্বা ৱারীমচা তম্নেৎথক পত্রিকাসিগী অহানবগী চেফোঙ থরদা ফোঙদোক্লম্মী। পত্রিকাসি ফোঙবদা শেল য়াম্না মাঙলম্মী অমসুং শীন্নাংলিবা কাওবুনা অনৌবা শীন্নাংবা কাওবু অমদা শিন্নরম্মী। মতমতুদা রবীন্দ্রনাথকা "হিতবাদী" গা লৈনয়ম্বা মরী তৎনরম্মী।

তৌইওমসুং হৌরক্লিবা অনৌবা ঈহৌ অতুমদি অতুম মরৈরম্মী। সাহিত্যগী লমদা অনৌবা মীশক কয়া পুশিল্লক্না পুক্নি অমসুং সাহিত্য অনীগী মরক্তা অসুম অসুম থাপতোক্লমক্লিবা অসিবু কোকহন্নবা অমসুং নীংতম্না ৱাথল থনবা ওয়বগী অমসুং খুম্নাং চাওশিনবা মিৎয়েংফম শেম্বা ওয়বগী মওং তাবা সমাজগী ফিভম অমা শেমগৎপা

তঙাইফদে অমসুং অহুম তৌরবদি সাহিত্য জগত্তা অনৌবা লম্বৈ খোল্লকনি হায়না রবীন্দ্রনাথনা খাজরম্মী। মসিবু ফংননবগী থাথলদা রবীন্দ্রনাথনা থাগী চেফোং "সাধনা" (নবেম্বর, ১৮৯১) ফোঙবা হৌদোক্লম্মী। মহাকী ময়াম্বনা পোকপা বিঃ এঃ পাশ তৌবদা মঙায়রিবা সুধীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মিং চেফোঙ অসিগী সম্পাদক ওইনা হাপ্লম্মী তৌইগুম্বসু সম্পাদনগী থবক্তি মহাক মশানা তৌরম্মী অমসুং করিগুম্বদা মহাক মশানা চেফোঙসিগী প্রবন্ধ পূম্নমক ইরম্মী। "সাধনা" চহী মরী ফোঙলম্মী অমসুং অরোইবা চহীদা রবীন্দ্রনাথকী মিং চেফোঙসিগী সম্পাদক ওইনা হাপ্লম্মী। "সাধনা" গী মূলমন্ত্র অসিনা চেফোঙসিগী মশক মরল্লাই অদুম মতাকচৈ।

মাঙ থাগৎলু মাঙ থাগৎলু য়াম্বা।
তুংদা শোথহৌবা, লেপ্পুনা লৈহৌবা
ওইরোই অক্কবা। অশিববু থমগনি
ঐখোয়না হিংহন্দুনা য়াম্বা?
মাঙ থাগৎলু মাঙ থাগৎলু য়াম্বা।

রবীন্দ্রনাথনা চিঠৈ তেংবাংবীননবা ময়ামদা হায়জখি। মহাক্না মাগী থাজরবা মরুপশিং হৌজিক হৌজিকমক্তি ইবা-খোৎপা তৌদবা অদুগা মশাগী নীংতম্না থাথল থল্লিবশিং অমসুং য়ুরোপকী সাহিত্যবু নিংথিনা পাবদগী আধুনিক খুৎইগী মরমদা মমুৎ তানা থঙলবশিংদা সাধনাগীদমক অইবা ওইনা চোংথোকপীরক্কবা হায়জরম্মী। মসিগী-দমক মহাক্না পামজবা মীকোক অহুমথক লৈরম্মী, বেরিষ্টার চৌধুরী (মমৈদা কলকাতা হায়কোর্টকী বিচারপতি ওইখিবা), লোকেন্দ্রনাথ পালিত, আই সি এস অমসুং আশুতোষকী মনাও প্রমথনাথ চৌধুরী (মমৈদা প্রমথ হায়না কৌখিবা অমসুং বেরিষ্টর ওইখিবা)। আশুতোষনা রবীন্দ্রনাথকী মমৌশিং অমা লুহোংহুনা লৌরম্মী অমসুং মনাও হুপা চৌধুরীসু ময়াম্বদৌনা কবিগী মমৌ অমা লৌরম্মী। পালিত রবীন্দ্রনাথকা মতম থরা লণ্ডনগী য়ুনিভরসিতি কোলেজদা লাইরিক তম্মীরম্মী। আশুতোষনা ইংরাজী অমসুং ফ্রাসী কবি থরগী মরমদা ইডুনা "ভারতী" দা ফোঙলম্মী। মতমহুদা মহাক হায়কোর্ট বারগী শক্লাইবা উকিল অমা ওইরম্মী, মরম অসিনা মহাকপু মাগী উকিলগী থবক অদুদগী চিঙথোকপা ঙমখিদে। মনাওহুপা চৌধুরী মায়কৈ অসোয়দা কয়া থাজফাত্তনা চঙশিল্লক্লম্মী অদুবু মহাক ইংলণ্ডদা উকিল তম্বা থিন্দনা চৎপা তাবদগী প্রবন্ধ অমা অনীদগী হেন্না হাপ্লমদে।

থবকসিগীদমক আশা তৌনিংঙাই মীশক হায়রবু পালিত মথন্তা মঙাইরম্মী। মতমহুদা পালিত ইংরেজীদা কবিতা ইরম্মী। মাগী কবিতা অমা রবীন্দ্রনাথনা বাংলা

লোন্দা অহুবাদ তৌরগা "মানসী" দা হাপ্লম্মী। বাংলা কবিতাশিং থম্না পালিতনা ইরম্মী অতুবু মখোয় থরুত্মক "সাধনা" অমসুং "ভারতী" দা ফোঙখি। পালিত অহু ফাওবদা লেথক অমা ওইনীংবগী আশা লৈরমদে। মসিগী মতুত্তা মহাক্না চিঠিগী খোঙদা সাহিত্যগী মরমদা থম্ন-নৈনবা পায়ম্মী। মসিগী মরমদা রবীন্দ্রনাথকা মহাক্না চিঠি থরা চৎনরমী অমসুং রবীন্দ্রনাথকা মহাক্না য়াম্না মত তিরখি। ঠাকুরনা সাধনাগী অহানবা মশীং ফোঙদোক্লমদাইদা পালিত্তা অস্যম্না ইরম্মী,

নঙনা পুথৎলক্লিবা ৱাফমতু য়াম্না চুম্মী। থাগী চেফোঙ অমদা প্রবন্ধ ইবদগীদি মরুপ মপাং অমদা চিঠি ইবনা লায়বা হেল্লি মরমদি ঐখোযনা খল্লিবা অতু লম্নক্তী শজিঙম্না হৈনদবা পোৎশক অমা মখোয়না (মৌলিক) হেক থেঙনবদা য়াম্না থুনা মাঙখি। অমরোমদা হায়না য়াত্তুনা থম্নবা ৱাথল মথন্দি অতেবা শজিঙম্না উমংদা লৈবগী হৌনশা ফিংগৎপা থক্কৎপা য়াওদে।

মপুং ফানা অমসুং নিয়ম নাইনা করিগুম্বা অকরুবা হিরম অমা থম্ন-নৈনবগী কান্নবা করিম্ব লৈতে অতুগা অসিনি হায়বা অরোইবা ৱাফম অমা লেপ্পবগীম্ব কান্নবা লৈতে। মী অনীগী পুন্নিং অমগা অমগা য়েৎনরকপদা অমুক ঙাল্হনবা অমুক মমহনবা, লংলবা ৱাথলগী ঈচেলশিং চেষ্টরুবা লোইরে মতুনা। সাহিত্যগী লমদদি অসিগুম্বা খুদোংচাবসি তাঙনা থোকই। মী খুদিংমক অকরুবা মত অমা হেক্তা পীনিংই। মরম অসিদগী ঐখোয়গী থাগী ফোঙবা চেফোঙশিং অসি পুন্নবা ৱাথল অমসুং মতকী মিউজিয়ম ওইরকই।

মীওইবগী পুন্সিগা অমদা থঙদে অমদা থঙদে করিগুম্বা মওং অমদা তিন্নশিনবা ওন্নবা অচুম্বা হায়বসে অফবনি।

অতুনা ঐখোয়না অচুম্বা হাযবতু অস্যম্না ফোঙদোক্লবা হোৎনসি মতুবু পারগা অপাবা মী অতুনা ফোঙদোক্লক্লিবা অতুদা মাসী রিংদা নিংলিবা অতুনি হায়না থনবা ওবা। ঐগী ইশাগী মত অমসুং অফ-ফত্তগী ৱাথল ঐগী চিংনবা অমসুং থাজব অমসুং ঐগী হোৎনবা অমসুং হৌজিক হৌজিক লৈরিবা মসিগা তিন্নখিসতু, অতুম ভৌরবদি অচুম্বতু লেংখোৎপা ওমত্রবা মতুম অমগুম থক থোক্লরোই।

সাহিত্যগী মূলভাব মসিনি হায়না নীংই। রবীন্দ্রনাথকী উজেক্ত অসি কংবা ওমখিদে। পালিতপু সাহিত্য ক্ষেত্রদা চিংশিল্লকপা ওমখিদে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মথক্তা থবকসি পায়থৎপা তারম্মী। অতুম ওইনমক মহাক্না নহা ওইরিম্না লেথক থরবু

লৈহিবা পুস্তিনা মেংনরিবা অসোমদা মখোয়গী মপুক্লিং খিংজিনহনখদি ওইনমী। মহাক্লা ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী ইতিহাসতত্ত্ব থ,ইগী পুক্লিং চিংশিন্নবগী হোৎনরমী। মহাক্লা "ঐতিহাসিক চিত্র" (১৮৯৯) কৌবা থা অহুম অহুমগী ইতিহাসকী মরমদা খিজিনবা চেফোংগী রাহৌদোক্তা অসুম্না ইরমী।

মপানগী মীওইশিংনা ইবা ইতিহাসতা যাওরিবত্থু চিনফা পুরগা অমসুং পরীক্ষাদা নবর য়াম্না কংলগা পণ্ডিত ওইবদি য়াই তৌইগুবসুং অসিগুম্বা পাণ্ডিত্যগী রাখল অসিনা মচাক খোমজিনবদা অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্কী ইতিহাস ইবদা করিগুম্বা অমত্তা তেংবাংবদি ওইরোই। মসিনা ঐখোয়গী ফকচিন্দুনা লৈরম্বা রাখলবু মখিৎ শিংহনগনি অমসুং ইচেল অমা চেহুহনগনি অমসুং অসিগুম্না হোৎনবসিনা ঐখোয়গী পুক্লিং অমসুং রাখলদা পাঙ্গল হাপকনি।

"সাধনা" গী মশীং য়ামথিন্নবা শীংথানিংঙাই লেথকশিংদি রামেন্দ্রসুন্দর ত্রিবেদী (১৮৬৪-১৯১৯) অমসুং উমেশচন্দ্র বটব্যাল (১৮৫২ ১৮৯৮) অনী অসিনি। ত্রিবেদী কলকাতাগী কোলেজ অমগী অহানবদা বিজ্ঞানগী অধ্যাপক অদুদগী অধ্যক্ষ ওইরমী। মহাক ঐখোয়গী অরিবা ধর্ম, সংস্কৃতি অমসুং দর্শন অমসুং বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যদা য়াম্না থৱায় য়াওনা খিজিনবা মীশক্তি। মহাক বাংলা লোন্দা প্রবন্ধ ইবা থ,াইদগী হেন্না ফজনা ইবশিংগী মনুংদা অমনি অমসুং মহাক্কী প্রবন্ধশিং হকচিন্নবা অমসুং মখল-মথেলগী পাণ্ডিত্য অমসুং মপুংফানা চপচানা ফোঙদোকপগীদমক থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওই। গভ রচনাদা হৈ-শিংবগীদমক অমসুং জাতীয়তাবাদী অমা ওইবদা মহাক রবীন্দ্রনাথকী হেক ওমথংদা লৈবা মীশক্তি হায়না লৌনৈ। মহাক্লা বিজ্ঞানগী মরমদা ইবা অহানবা লাইরিক্তি "প্রকৃতি" (১৮৯৬) হায়বসিনি। "জিজ্ঞাসা" (রাহং) (১৯০৩) অমসুং "কর্ম কথা" (কর্মগী বা ১৯১৩) আত্মচিন্তা অমসুং দার্শনিকী মরমদা ইবা প্রবন্ধশিং খোমজিনবনি। লোনগী মরমদা ইবা প্রবন্ধশিং "শব্দকথা" ১৯১৭ দা খোমজিন্দুনা ফোঙদোকই। মহাক্লা লৈখিন্রবা তুংদা প্রবন্ধ মরাম খোমজিন্দুনা লাইরিক অহুমথক ফোঙখি। মহাক্লা "ঐতরেয় ব্রাহ্মণ" কৌবা থ,াইদগী লিরবা গভদা ইবা বেদিক লাইরিক বাংলাদা অহুবাদ তৌরমী। যোগেশচন্দ্র রায় বিদ্যানিধি (১৮৫০-১৯৫৬) অরিবা সংস্কৃতিগী অমসুং বাংলা লোন্দা য়াম্না থৱায় য়াওনা খিজিনবা অতোপ্পা বিজ্ঞানগী অধ্যাপক অমনি। সাহিত্য ক্ষেত্রদা রায় য়াম্না থেঙনা থোঙদারকপনা "সাধনা" দা প্রবন্ধ অমত্তা হাপ্রমদে।

মহাক্কী খুৎইদি য়াম্না চম্মি অমসুং মচিন থোই। বাংলা মত্রেক ইবদা লায়থোক্লা ইবা য়ানরা মহাক্লা কন্না হোৎনরম্মী অমসুং মহাক্লা অন্নম্না হোৎনরবগী বাংলা মরেক্কী

"লাইনোতাইপ" পুথোকপদা মতেং পাংখি। রায়না বাংলা লোনগী ঙাঙনরিবা রাহৈ-রাতাশিং মরমদা ইরম্বা অত্র বাংলা লোন্দা অচোবা অবদান অমনি। মহাক্কী অতৈ গবেষনাগী লাইরিকশিংগী মন্থংদা থ্‌াইদগী মমল যাম্বদি "আমাদের জ্যোতিষী ও জ্যোতিষ" হায়বসিনি (১৯০৩)। উমেশচন্দ্র বটব্যাল (১৮৫২-৯৮) মিৎয়েং থোরবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি। বৈদিক ইতিহাস অমসুং মতুগী ভাবার্থ অমসুং সাংখ্য দর্শনগী মরমদা মহাক্না ইরম্বা প্রবন্ধশিং বাংলা লোন্দা তৌরম্বা য়াম্না মরুওইবা অবদানি। সাংখ্য দর্শনগী মরমদা ইবা প্রবন্ধশিং মহাক্না লৈথিদ্রবা মতুংদা "সাংখ্য দর্শন" হায়না মমিং থোন্দুনা ১৮৯৯ দা "সাধনা" দা ফোঙদোকক্লম্মী।

অক্ষয়কুমার মৈত্রেয় (১৮৬১-১৯৩০) রাজশাহিদা উকিলগী থবক তৌবম্মী। মহাক ঐথোয়গী লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা যাম্না মথৱায যাওনা থিজিনবা অমসুং "সাধনা" গী মরুওইবা প্রবন্ধ ইবা মীশক অমনি। বাংলাদা শতাব্দীসিদা প্রত্নতত্ত্বদা গবেষনা তৌবশিংগী মরক্তা মহাকসু অমনি অমসুং রাজশাহিদা লৈবা বরেন্দ্র রিসার্চ সোসাইটি লিংখৎপদা শরুক যাখিবা মীশক অমনি। মহাক বাংলা গদ্য চঙথোম্না ইবা মীনি অমসুং স্বদেশী আন্দোলন মতমগী মকোক থোংবা ইতিহাস ইবা মীশক অমনি হায়না ইকাই খুম্নে। মহাক্না ইরম্বশিংদি "সিরাজদ্দৌলা" (১৮৮৭), মীর কাশিম (১৯০৪), অমসুং "ফিরিঙ্গী বনিক" (১৯২২) অসিনচিংবনি। অহানবগী লাইরিক অনীসিনা বাংলাদা অরোইবদা পানখিবা নবাব অনীগী পুন্সি রারীবু থ্‌াইদা পামহনখি। ভারতকী গবেষকশিংগী মীৎযেংদা ইতিহাসপু তোপ তোপ্না অমসুং জাতীয়তাবাদকী মিৎয়েংলোমদগী পাননবা হোৎনখিবা অহানবা মহোৎননি। মসিগা মরি লৈননা অতোপ্পা সাহিত্যিক অমসু চাউনা লৈরি। মহাক মতমতুদা বাংলাগী সীমানা মন্থং চন্না তারম্বা দেওঘরদা মীরোল কয়ামকুম লৈরক্লবা মারাঠী ইমুং অমদা পোকপা সখারাম গনেশ দেউশঙ্কর (১৯১৬ তা পোকপা) হায়বা অতুনি। মহাক স্কুলদা বাংলা তম্লম্মী অমসুং বাংলা ফজনা ঙাঙলম্মী অমসুং ইবদসু বাংলা লেথকশিংনা ইবদৌনা ফজনা ইরম্মী। মহাক দেউস্কর স্কুলগী ওঝা ওইনা হৌরক্লম্মী তৌইগুম্বসুং বাল গঙ্গাধর তিলক্না লুচিংতুনা মহারাষ্ট্রদা হৌরকপা রাজনৈতিক আন্দোলন্না বাংলাদা নহারোল চাম চাম চিংথোকখিবদা মহাকপুসু য়াওখিরম্মী। হৌজিক্তি মরাঠাগী ইতিহাসপু, মরুওইনা ১৯ শুবা শতাব্দীদা মরাঠী মুপা মুপীশিংনা বৃটিশকী শক্তিবু শীংনছুনা থেঙনখিবা মতাঙতু, বাঙ্গালীশিংনা থোইদোক্না খঙনিংবমা পোক্লম্মী। দেউশঙ্করনা মখোয়গী ইতিহাস ইবগী থবক্তু পাযখৎলম্মী। মহাক্না থিজিল্লগা ফংখিবশিংদু মথাগী লাইরিকশিং অসিদা য়াওরি :—"বাজীরাও" (১৮৯৯), "ঝান্সির

রাজকুমার" ( ১৯০১ ), অমসুং "আনন্দী বাই" ( ১৯০৩ )। লৌ-ইখোলগা মরী লৈননা মতমদুগী ফোঙ ফোঙ শারবা সমস্যাশিংদুস্ত মহাক মপুক্কিং চঙলম্মী হায়রবসি মহাক্না ইবা "কৃষকের সর্বনাশ" ( ১৯০৪ ), "দেশের কথা" ( ১৯০৪ ) নচিংবা প্রবন্ধশিং অসিনা তাকই। দেউস্কর মায়পাক্না থবক তৌখিবা সাংবাদিক অমনি। চহী খরা মহাক "হিতবাদী" গা সহ-সম্পাদক ওইরম্মী।

"সাধনা" গী নহারোল প্রবন্ধ ইবশিংগী মনুংদা রবীন্দ্রনাথনা য়াম্না হুংশিননা লোইন-খিবদি ময়াম্বনা পোকপা অমসুং ইবা-খোৎপদা মচিন তুমখৎলক্লিবা বলেন্দ্রনাথ ঠাকুর ( ১৮৭০-৯৯ ) হায়বদুনি। বলেন্দ্রনাথ কলকাতা সংস্কৃত কোলেজগী ছাত্রনি; মহাক ইংরেজীস্ত নিংথিনা থঙলম্মী। মহাক গদ্য অমসুং পদ্য খুৎই অনীমক্তা ইরম্মী অদুবু মা.গী হৈনবীদি গদ্যদা ইবনি। মহাক্না ইবা পূম্নমক অবিবা সাহিত্যগী অমসুং কলাগী মরমদা গদ্যদা ইবমক্তনি। "সাধনা" অমসুং "ভারতী" দা ফোঙদোকপ্রবা মহাক্না ইবা প্রবন্ধ খরা খোমজল্লগা "চিত্র ও কাব্য" ( ১৮৯৪ ) হায়না কৌবা লাইরিক মচা অমা ফোঙদোক্লম্মী। বলেন্দ্রনাথনা কবিতাগী লাইরিক মচা সোনেট ওইনা ইবা অনীথক ফোঙলম্মী, মমিংদি "মাধবীকা" ( ১৮৯৬ ) অমসুং "শ্রাবনী" ( ১৮৯৭ ) কৌই। মচু মচুনা লৈতেংলবা অমসুং পুক্লিংদা ইরাং হৌহনবা হুংশি-হুংওলগী কবিতা কয়ামস্ত লৈরি, কবিতাশিং অসিদা মখুরাগী প্রভাব চঙই। নহা ওইরিবা ঠাকুরগী খুৎইশিং গদ্য অমসুং পদ্যদা হেন্না ফগৎলকনি হায়বগী আশা লৈরম্মী অদুবু লাইবকথিবনা মদু ফংঙ্ হায়বা তন্নমক্রে।

"সাধনা" গী মতমগী য়াম্না মরুওইবা উদ্দেশ্য অমদি সাধারন মীওইবশিংগী পুন্সি মশক খঙবা হায়বসিনি। হৌজিক্তি সাধারণ মীশিংবু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ৱারী-মচাশিংদা সাহিত্যগী মরুওইবা ফমফম ফংহল্লে। ঠাকুরনা মাগা তিন্নবা নহারোল লেখকশিংদা ইচম চম্না লেপ্লিবা হুপা-হুপীগী পুন্সি মরেনগী ৱা মাগী ৱারীমচাশিংদা অমসুং মাগী খুৎই অতৈদা বিষয়বস্তু ওইহন্নবা হায়রম্মী। মহাক্না হায়জবসিদা ইহান হান্না য়াবিথিবা মীশক্তি মতমদুগী বিহারগী থুঙং অমদা থবক তৌফম তাবা লৌ.ংশঙগী থবক তৌবা মাগা কুইনা তিন্নরকুবা মরুপ শ্রীশচন্দ্র মজুমদার ( শিবা ১৯০৮ ) হায়বদুনি। "সাধনা" দা ফোঙনবগীদমক মহাক খা বিহারগী লৌউ-শীংউবশিংগী পুন্সিবু ফোঙদোক্ না প্রবন্ধ ইরম্মী। মজুমদারগী ইভোন ভোনবা মনাউ শৈলেশচন্দ্র ( শিবা ১৯১৪ ) বাংলাগী সমাজদা ময়ায় কাঙলুপকী হুৎবদা লৈরিবা কাঙবুগী সাধারন ওইনা লৈনরিবা নিংবা কায়বগী অমসুং অর্থ থোক্ বা পুন্সি মরেনগী ৱারী অমসুং নক্সাশিং "সাধনা" দা হাপ্লম্মী। অসিগুম্বা ৱারীশিং অমসুং নক্সাশিং খোম্বজিল্লুনা "চিত্র-বিচিত্র" ( ১৯০২ )

( অয়েকপা লাই অমসুং মখল-মথেল ) হায়না কৌদুনা ফোঙদোক্লম্মী। রবীন্দ্রনাথকা ইমুংতুগা মরুপ ওইখিবা অক্ষয়চন্দ্র চৌধুরীগী দুপী শরতকুমারী চৌধুরাণীনা ( ১৮৬১-১৯২০ ) বাংলাগী ইমুংদা দুপীগী শরুক ওইনা লৈরিবা থবক-থানাগী মরমদা ইরম্মী। ইরিবশিং খোমজিল্লগা "শুভ-বিবাহ" ( ১৯০৫ যাইফরবা লুহোংবা ) কৌবা লাইরিক অমা ফোঙলম্মী। অসিগুম্বা রাখলগী লাইরিকী মরক্তা খ্যাইদগী তোপ তোপ তাবদি হৌজিক্তি কাউনগ্রবা যতীন্দ্রমোহন সিংহগী ( ১৮৮৫-১৯৩৭ ) "উরিষ্যার চিত্র" ( ১৯০৩ ) হাযবা উরিষ্যাগী থায়না ইনাকখনবা মীশিংগী ফুতিগী থোক্লিবা পুন্সিবু তাক্তুনা ইবদুনি। প্রবন্ধশিং অসি অহানবদা "ভারতী" দা মথং মথং ফোঙদোক্লম্মী ( ১৯০০-১৯০২ )। সিংহ লৌচংশঙগী থবক তৌবা উরিষ্যাদা থবকী মফম ওইবা সরকারগী কর্মচারীনি। মহাক উপন্যাস অমসুং রারীমচা থরস্ত ইরম্মী। মমৈদা মহাক থাযনগী চংনবী চংফংনা ঙাকপা অইবশিংগী মতপু থোদোংবা মীশক অমা ওইরম্মী অমসুং রবীন্দ্রনাথপু হুন্দুনা ইবা লাইবিকশিংবু হুন্দুনা ইবা কাঙবুগী মীচং ওইরম্মী অমসুং "সাহিত্যের স্বাস্থ্যরক্ষা" কৌবা লাইরিক অমা ফোঙলম্মী ( ১৯২২ )।

রবীন্দ্রনাথকী তুংদা রারীমচা ইবদা শকথঙনখিবা প্রভাতকুমার মুখোপাধ্যায় ( ১৮৭৩-১৯৩২ ) অহানবা সাহিত্য জগত্তা চঙবা মতমদা অতৈ সাহিত্য পান্বা লাইরিক-লাইশু হৈবা বাংলাগী নহারোলশিংনা তৌখিবগুম কবিতা ইদুনা হৌরক্লম্মী। মহাকস্ত মত্ থাদোক্লগা গদ্যদা রারেং ইনবা, মকওইনা, রারীমচা ইনবা পাউত্তাক পীখিবসি রবীন্দ্রনাথনি। মহাক্না অহানবা গদ্যদা ইখিবসি রবীন্দ্রনাথকী নৌনা ফোঙলকপা কাব্য "চিত্রা" গী সমালোচনা অদুনি। মসিগী সমালোচনা অসি "দাসী" গী ১৮৯৬ কী মে থাদা ফোঙলম্মী।

মসিগী রারেং অসিনা রবীন্দ্রনাথকী কবিতাবু যোংনা শৌগত্তুনা অমসুং মদুবু হুন্দুনা ইবা অপঙবা মপুক শেংদবা থরুম চাউবশিংগা শীংনদুনা ইখিবশিংগী মরুংদা মসিনা ইহান হানবনি। মুখোপাধ্যায়গী ইংরেজী রারীমচাশিংদগী শেমদোক্তুনা ইবা অহানবা রারীমচা মসিগী মতুং থা মরি লৈরগা ফোঙলম্মী। চহী অনীরোম লৈরগা মহাক "ভারতী" গীদমক চাং নাইনা রারীমচা ইরম্মী অমসুং মাগী অহানবা রারীমচা মরীথক্তি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা চেক্ফোঙসিগী সম্পাদক ওইরিঙৈদা ফোঙখি ( ১৮৯৮-৯৯ )। মুখোপাধ্যায় ইংলণ্ডদা ( ১৯০১ ) উকিল তম্বা চংলম্মী অদুবু "ভারতী" গীদমক রারী ইবদি লেপ্পমদে। ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা মহাক্না মাগী অহানবা উপন্যাস "রাসুমন্দরী" ইরম্মী। উপন্যাসকী দৃশ্য কয়ামরুম কাশ্মীরগী মফমশিংদা ওইহল্লম্মী। মুখোপাধ্যায় মফমদুদা থক চংলমদে অমসুং মফমদুগী দৃশ্যশিং অমসুং লৈরিবা ভৌগোলিক মফমশিংগী

অকুপ্পা মরোল বৃটিশ মিউজিয়মদা লৈবা লাইব্রিকশিং পারগা খোমজিল্লম্মী। মহাক্কা কাশ্মীরগী দৃশ্যশিং অম্ৱপকী মতিক মচু তানা ফজনা থারম্মী, রবীন্দ্রনাথনা লাইব্রিক অদু অমুক্কা হন্না পাক্নবদা মফমদু চত্ননা য়েংনিংলম্মী ( ১৯১৪ )। মুখোপাধ্যায়না ভারত্তা হল্লক্লবা মতুংদা অহানবদা বঙ্গপুরদা উকিলগী থবক তৌবা হৌখি, মথংদা গয়াদা অদুগা অরোইবদা কলকাতাদা উকিল ওইরম্মী। তৌইগুম্ৱসুং মহাক্না সাহিত্যগীদমক উকিলগী থবক থাদোক্লম্মী, তৌবগীদি মংাক অরোইবা ফাওবদা কলকাতা য়ুনিভরসিতি লো কোলেজদা আইনগী অধ্যাপক ওইরম্মী। মহাক্কী পুন্সিগী মতুং ওইবা থবক্তি পুন্সিগী মমৈ চহী তবা নত্রগা তরানিথোইরোমদু, নাটোবগী মহারাজ জগদিন্দ্রনাথনা লিংখৎপা থা থাগী পত্রিকা "মানসী ও ধর্মবাণী" গী সম্পাদক ওইরম্মী।

মুখোপাধ্যাযনা ইরম্বা বারীমচাগী লাইব্রিক তরানিথোইদগী হেল্লি। মথোয়লিগী মনুংদা পনবা য়াবদি "নবকথা" ( ১৯০০ ) "ষোড়শী" ( ১৯০৬ ) "দেশী ও বিলাতী" ( ১৯১০ ), "গল্পাঞ্জলী" ( ১৯১০ ) "গল্পবিথী" ( ১৯১৬ ) "পত্রপুষ্প" ( ১৯১৭ ), "গহনার বাক্স", ( ১৯২১, ) "হতাশ প্রেমিক". ( ১৯২৩ ) "নূতন বৌ" ( ১৯২৮ ) "জমোতা বাবাজী", ( ১৯৩১ ) অসিনচিংবা অসিনি। উপন্যাস থরম্ব ইরম্মী, মথোয়দুদি "রমাসুন্দরী" ( ১৯০৭ ), "নবীন সন্ন্যাসী" ( ১৯১২ ), "রত্নদীপ", (১৯১৫), "জীবনের মূল্য", ( ১৯১৬ ) "সিন্দুর কোটা" ( ১৯১৯ ) অসিনচিংবনি। মাগী উপন্যাস পুম্নমক পত্রিকাশিংদা থোঙদোকখিবমক্তনি।

মুখোপাধ্যাযগী উপন্যাসশিং নিংথিনা ইখিদে অমসুং রারীগী মওংদা লান্না ইবা থোক্তে অদুমকপু পাবদি অদুম মযাই। য়াওখিবা থৌদোকশিং তশেংনা থোকখিবশিংদা সাধারণ ওইনা তাংই অমসুং ঘটনাশিংদু বারীমচাদা তৌবগুম্না মচেৎ মচেৎ ওইনা উৎলি। অদুগা য়াওরিবা চরিত্র মচা মচাশিংদু তরং তরং উৎথোকই। তৌইগুম্বসুং উপন্যাসকী হৌনবী মপুম ওইনা শাগৎলকপগী মওং রাৎপগুম তৌই। পীক্লবা লমথৈ অমগী মনুংদা থোকপা ঘটনাশিং অমসুং মীগী শাজত্তদা মহাক ইবা হৈনরম্মী। মসিনা মহাক মায়পারা উপন্যাস ইবা ঙমখিদে।

মুখোপাধ্যায় হৌবদগী হৌনা রারী ইবদা য়াম্না লায়না থোকখি অমসুং রবীন্দ্রনাথকী প্রভাব মঙোন্দা মমি তাখিদে। রবীন্দ্রনাথনা উরিবা পুন্সিগী মশক্তি য়াম্না লুনা লৈথ্রবা মনুংগী অদুনি অদুগা মুখোপাধ্যাযনা উরিবনা ঐথোয় থৱাইনা উনরিনা মপানগী কুয়োম অসিনি। মুখোপাধ্যায়গী রারীশিংদা অরা-ফুংঙাই অকায়-অতোই য়াওনা য়াওনা পুন্সি হায়বসি লেনবদা হৈনরবা অমসুং হিংদুনা লেনবদা

মতিক চাবনি হায়বগী ভাবতা ফংঙমদনা ফংলবা তাঙলবা পুক্সিবু হুংশিজবগী তাম য়াওরি। মুখোপাধ্যায় লোংচুপ বাংলাগী খুদং অমদা শোক্লমী, স্কুল অমসুং কোলেজগী থাক ফাওবগী মহৈ-মশীং তম্বনা বিহায়দনি ; মতম খরা কলকাতাগী ছাত্রশিংগী লৈফম য়ুম অমদা লৈরম্মী, ইংলণ্ডা মতম খরা চৎলুই অমসুং বেরিষ্টার ওইরকপগী অহোবা চহী খরা অরাং বাংলাদা অমসুং খা বিহায়দা লৈহুনা মফমদুগী মীশিংগা তিন্না-তোৎনরকপদগী ফংহোবা য়াফম কয়া থঙলম্মী। মফম পুম্নমক্তা হৈনখিবা মাগী পুক্সি অমসুং আচরন্না মহাকপু চিংশিনখি। শা ফাওবা মহাক্না মীচংশিগা লোয়ননা য়েংলম্মী। ইহান হানবা বাংলা লোন্দা শাবু মীগা মান্ননা শেমহুনা ইবা শাগী য়ারী ইবসি মহাক্কি হায়বা য়াই। সমাজগী ময়ায় কাঙলুপকী শোখবশিংগী মরুওইনা ছাত্রশিং অমসুং নহারোল মথৌ পায়থৎপা হৌরকপদা মঙাইরিবশিংগী পুক্সিবু মহাক্না থোইদোক্না থঙনিংলম্মী। মহাক্না ঐথোয়দা কলকাতাদা ছাত্রশিংগী লৈরিবা য়ুমথুংফম মফমশিংদা লেপ্লিবা ছাত্রশিংগী পুক্সি, অরাপ্পা মফমশিংগী রেলবে ষ্টেশনশিংগী য়ুমদোমপোক ওইনা তারিবা কর্মচারীশিংগী লৈফম য়ুমদা লেপ্লিবা পুক্সি, মফসিলগী আদালতশিংগী উকিলশিংগী পুক্সি, বরান্দীদা লৈবা বাঙালীশিংগী পুক্সি অমসুং ইস্তিবর অমসুং লণ্ডনদা লৈবা বাঙালী নহারোল ছাত্রশিংগী পুক্সি ময়াম অসিগী মমল নাইত্রবা শক্তম অমা ফজনা তাক্নুনা উহল্লি। বাঙালীশিংগী পুক্সিগী মীৎয়েংফম লমথৈ বাংলাদেশকী য়াংমদা অমসুং ভারতমক্কী মপান্দা ফাওবা তাম্না শন্দোকহনখিবসি মুখোপাধ্যায়ননি।

ফজবা য়ারীমচা ইখিবা অতৈ অতৈ লেখক খরসু লৈরম্মী। মখোয়গী মরক্তা অনীথক্কী মমি পন্নিংঙাই ওই। "সাধনা" পত্রিকাগী সম্পাদক ওইখিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ময়াম্বগী মচা সুধীন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৬৯-১৯২৯) ফজবা য়ারীমচা খরা ইরম্মী অমসুং মমৈদা য়ারীমচাশিং অসি থোমজিন্নগা লাইরিক কয়ামরুম থোকনা ফোঙ-দোকখি ; মখোয়হুদি "মঞ্জুসা" (১৯০৩), "করঙ্ক" (১৯১২) অমসুং "চিত্রালী" (১৮১৬) অসিনচিংবসিনি। সুরেন্দ্রনাথ মজুমদার (লৈখিদবা ১৯৩১) বিহারগী লোকুংশঙগী অচৌবা কর্মচারী অমনি। মহাক শাস্ত্রীয় সঙ্গীত নিংথিনা তম্লম্মী। মহাক য়ারীমচা খরা ইরম্মী অমসুং য়ারীমচাশিংহু "সাহিত্য" পত্রিকাদতা হাপখি অমসুং লাইরিক মচা মচা অনীদা থোমজিন্দুনা মমিং "ছোট ছোট গল্প" (১৯১০) অমসুং "কর্মযোগের টীকা" (১৯১৮) হায়না কৌহুনা ফোঙদোক্লম্মী। মজুমদারগী য়ারীশিং মশাগী হৈনজবী মচিন থোবা অমসুং তেক্না ইবা খুৎইদা ই ; মসিগী খুৎইসি খরা য়াংলপ চৎপা বিষয়বস্তুগদি চানৈ। তৌইওমসুং মাগী য়ারী শাকশন্না পাকম

খোকপন্থ পানখিদে; মসিগী মরম অহুম্নি, মতুদি লেখকী মপুন্নিংগী ভাব য়াম্না মচিন থৌই অমসুং শাথিনা নোক্নচাউই, খুৎইগী রীতি খ্বাইগ্নাগা মান্নদে অমসুং ব্রান্নীশিং অসি "ভারতী" গুম্বা পাকশন্না পানবা পত্রিকাদা হাপখিদে।

"হিতবাদী" চয়োলগী পত্রিকা। সাহিত্যগী থবক পুবা থাদোকপগা রবীন্দ্রনাথনা "সাধনা" ফোঙবা হৌখি। চহী অমরোমগী মমাঙদা বিদ্যাসাগরনা য়োকপা মাগী মশুস্নপা সুরেশচন্দ্র সমাজপতিনা (১৮৭০—১৯২১) "সাহিত্য" কৌবা মাগী পত্রিকা অমা ফোঙবা হৌরম্মী। চহী খরগী মহুংদা সাহিত্যদা য়াওরিবা পাননবা মচাকশিংদুতা নত্তনা মতুদা য়াওবা চিত্রশিংনসু অপাবা মীশিংদা পানিংবা পোকহল্লম্মী। ময়ায় অমসুং আধুনিক মতমগী য়ুরোপকী চিত্রকলাগী খ্বাইদগী হেনবা অয়েকপশিংবু চাং নাইনা 'হাফ টোনদা' পুথোকখিবা ইহান হানবা বাংলা লোনগী পত্রিকাদি মসিনি। পত্রিকাসিগী অতোপ্পা চাং নাইনা য়াওথিবা শরুক অমনা ইংরেজীদা ফোঙবা প্রবন্ধ অমসুং লাইব্রিকশিংদা য়াওবা মরুওইবশিং শুপচিন্দুনা ইরিবশিং অদুনি। পত্রিকাসিদা য়াওরিবা ফোঙমিন্নরিবা বাংলা পত্রিকাশিংবু হকচিন্না তৌবা সমালোচনাশিং, করি কয়িগুম্বদা হেক্তিন্না তৌবা সমালোচনাশিংসু য়াওইদি হায়রবু সাধারন অপাবশিংদদি য়াম্না সুংঙাইবা মচাক অমা ওইহল্লি। পত্রিকাসিগী প্রবন্ধ ইরিবশিং অয়াম্বনা শক্লাইবা মক্তনি। দেবেন্দ্রনাথ সেনগী কবিতাশিং চাং নাইনা য়াওরম্মী অদুগা অক্ষয়কুমার বড়ালগী মতম চঙনা কবিতাশিং ইবা হেক লোইবগা মসিদা হাপ্লম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাসু মরক মরক্তা পত্রিকাসিগী হৌগৎলকপগী চহী খরদদি হাপ্লম্মী।

নহারোল কবিতা ইবশিংগীদি সাহিত্যদা হরাও হরাওনা মফম হেক্তা থাকই। মথোয়গী মরক্তা রবীন্দ্রনাথপু য়ানিংদবশিং য়াওরম্মী অমসুং মথোয়না পত্রিকা অসিবু তপ্পা তপ্পা রবীন্দ্রনাথ অমসুং মানা ইবশিংবু য়ানিংদবা মক্ত উৎপা পত্রিকা অমা ওইহনখি। সাল ১৮৯৯ দগী হৌনা কলকাতাগী সাহিত্য ক্ষেত্রদা কাঙলূপ অনী লৈরম্মী, মতুদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী হায়রবদি "ভারতী" গী কাঙবু অমসুং সমাজপতিগী হায়রবদি "সাহিত্য' গী কাঙবু। তৌইশুম্বসুং সমাজপতিগী পত্রিকাগী মরুওইবা লেখকশিং, মমিং পমবা তাররবদা, দেবেন্দ্রনাথ সেন অমসুং রমেন্দ্রসুন্দর ত্রিবেদীদি, সমাজপতিগী কাঙবুবু থক শোগৎলমদে। কাঙবু অনীমক্তা য়াওদবশিংগী মশীংসু পংয়াম য়ামদবা নত্তে। মথোয়গী মরক্তা নহারোল কবিতা ইবা য়াম্না য়াওরম্মী। সাল ১৯০৫ অদুরাইদা সাহিত্যগী কাঙবুগী লুচিংবসি দ্বিজেন্দ্রলাল রায়না ওইরম্মী। মহাক অহানবদদি রবীন্দ্রনাথপু থোইদোক্না য়ানিংদবা তৌরমদে অদুবু মমৈদদি ক্নোংনা

মাগী মায়োক্তা চোংথোক্লম্মী। অদুবু রবীন্দ্রনাথপু শোগৎপা মী লৈখিদবা নত্তে। মাগী পত্রিকা "প্রবাসী" রামানন্দ চট্টোপাধ্যায়না সম্পাদক ওইডুনা এলাহাবাদতা সাল ১৯০১দগী ফোঙবা হৌখিবা পত্রিকা অসিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু শোগত্তুনা "সাধনা" ইবা প্রবন্ধশিং পত্রিকাসিদা ইকাই থম্নবগা লোয়ননা ফোঙদোকখি। সাল ১৯০৪ দগীনা রবীন্দ্রনাথনা লৈখিদবা সাল ১৯৪১ ফাওবদা মহাক্না ইবা অরোইবা প্রবন্ধশিং ইহান হান্না ফোঙবগী ক্ষমতা "প্রবাসী' গী ওইরম্মী। মুখোপাধ্যায়গী পত্রিকাসি অবনীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লিংথৎখিবা প্রাচ্যশিল্পীগী অনৌবা থাঙবুনা ম ংফানা শোগৎলম্মী অমসুং মতম য়াম্না শাংনা "প্রবাসী" না ভারতকী লোন অমদা ফোঙবা খ্বাইদগী অথোইবা পত্রিকা অমম্ব ওইরম্মী। সাহিত্য শিল্প অমসুং সমাজ সংস্কারদা মাঙজিল থংবা রাখল পোকহন্ননবা অমসুং রাষ্ট্রনৈতিক রাখলদা শেমগৎ শাগৎপগী ভাব পোকহন্নবা হোৎনবনা পত্রিকা অসিগী ফিরেপনি।

সাল ১৯০১ দা উপন্যাসিক অমসুং রবীন্দ্রনাথকী চান্নরবা মরুপ শ্রীশচন্দ্র মজুমদারনা "বঙ্গদর্শন" পত্রিকাবু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা সম্পাদক ওইডুনা অমুক হিন্সৎহল্লম্মী। মসিগী থা খরগী মমাঙদা রবীন্দ্রনাথনা শান্তিনিকেতনদা ব্রহ্মবান্ধব উপাধ্যায়বু (১৮৬১-১৯১০) মাগী তেংবাংবা ওইনা থবক পুহন্দুনা মাগী স্কুল ব্রহ্মবিদ্যালয় লিংখৎখি। উপাধ্যায় য়াম্না ইচংথোবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক শাগৈ জাৎ ফববা (কুলীন) ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোক্লগা খৃষ্ট ধর্ম লৌরম্মী, অহানবদা প্রোটেষ্টেন্ট ওইনা চঙলম্মী অতুদগী কেথোলিক ওনখি অমসুং মমৈথংদা খৃষ্ট ধর্ম চৎপা বৈদান্তীক সন্ন্যাসী ওইখিরম্মী। মহাক বাংলাগী ওল্লিইঙ মতমদা হৌখিবা বিপ্লব আন্দোলনগী থৌদৌ পুম্বা তাকপা আত্মাস্বরূপ ওইবা লুচিংবনি অমসুং লৈহৌরবা পত্রিকা "সন্ধ্যা" হায়বদু মহাক্না পুথোকখিবনি। "বঙ্গদর্শন' গী অহানবা চহীদা অনৌবা মশিংশিংদা ফোঙখিবা মানা ইবা প্রবন্ধশিংডুনা উপাধ্যায় শীংনবগী ভাবতা ইবদা হৈশীংবা লেখক অমা ওইগনি হায়বসি তাকই।

পত্রিকা অসিগীদমক ইরকপা নুপীরোল কবিশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবদি প্রিয়ম্বদা দেবী (১৮৭১ ১৯৩৫) হায়বা মশাগী পীথোকচরকপা মগুণ লৈজবা ইমুং অমদগী হৌরকপী অতুনি হায়বদা চিংনমিংঙাই লৈতে। হৌখিবা শতাব্দীগী চহী মরীফু চল্লকপদা ফোঙখিবা মাগী কবিতাশিংদগী মাগী মমা প্রসন্নময়ী দেবীবু খ্বাইনা নিংথিনা শক থঙনখি। মহাক্কী মখূরা অনীনা আশুতোষ অমসুং প্রমথ চৌধুরী হায়বডুনি। মহাক্না "রেন্থ" কৌবা সোনেট কবিতাগী লাইরিক অমা ফোঙলম্মী (১৯০০) অমসুং মদুবু খ্বাইনা পাম্নরম্মী। প্রিয়ম্বদানা পুন্সি লোম্বা ফাওবদা কবিতা

ইরম্মী, অদুগা তাঙনদি ইথি। মানা ইবা মমৈগী কবিতাশিং খোমজিন্নগা অহুম খোক্লা ফোঙলম্মী, মদুগী মমিংশিংদি "পত্রলেখা" (১৯১০), "অংশু" (১৯২৭) অমসুং "চম্পা ও পাটল" নি (১৯৩৯)। প্রিয়ম্বদাগী কবিতাশিংদি হুপী ওইবীগী হৃৎশিন্নবা থম্মোয়গী খোৎলবা লৈনন্না ফুদোংই, খোনফম ইংই, তনৌ তনৌই অমসুং লেম্মী। রবীন্দ্রনাথকী পুন্নিংদা "বঙ্গদর্শন" দা মমিং থাদনা ফোঙথিবা প্রিয়ম্বদাগী অতেনবা কবিতাশিং থন্নদি মহাক মশামন্না (রবীন্দ্রনাথনা) ইবমন্নি হায়না খঙবম্মী হায়বসিনা প্রিয়ম্বদাগী কবিতাগী মগুণদু অদুমক মতাকচৈ।

"বঙ্গদর্শন" গীদমক কবিতা ইথিবা তুংগী আশা যাম্না লৈখিবা অতোপ্পা অমনা শতীশচন্দ্র রায় হায়বা রবীন্দ্রনাথনা যাম্না যৎশিনা লোয়নখিবা শান্তিনিকেতনগী ওজা নহা অমুনি। মহুং মতম চাদনা মহাক্লা লৈখিদবনা যতিকচারবা লেখক অমা থোক্লক-পগী আশা লৈরম্বা অদু অরেম্বা তাখি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা চহী যাৰৈ গুবকপদা রমেন্দ্রসুন্দর ত্রিবেদী, জগদীশচন্দ্র বসু প্রফুল্লচন্দ্র রায়, সারদাচরন মিত্র, মনিন্দ্রচন্দ্র নন্দী (কাশিম বজারগী মহারাজ) জগদিন্দ্রনাথ রায় (নাতোরগী মহারাজ) অমসুং অৈত মশক নাইবা বাংলাগী মীশক কয়ামত্না লুচিংজনা বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষদনা কবিবু অভিনন্দন তৌবগী সভা অমা কলকাতাগী টাউন হোলদা জানুৱারী থাগী তাং ২৮, ১৮১২ ইংদা শীল্লম্মী। অসুপ হৈনিংনা, অসুপ চঙথোন্না শীনাংখিবা হরাও-তয়াবগী থৌদৌ অসিগুম্বা অমা মমাঙদা থক থোকখিদ্রি রবীন্দ্রনাথপু য়ানৈংদবশিংগা য়াক্লবা মীচৈ হৌজিক্তি ঈশিংদা ঈব্রান্নে অমসুং কবিনা নোবেল প্রাইজ যৎলকপা চহী ১৯১৩ দগীদি অরোইবা ওইনা পুমলুপ লুপথিরম্মী। অসিগুম্বা মনা অমা ভারত মচা অমদা পীবকপগী কান্নবা রা মথক্কী পন্দুপতা পনগ্রবনি। তৌইগুম্বসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু অহানবা ওইনা থৃাইনা শক খঙনরকপগী থৌদৌ নোংচুপলামদগী হৌবকপনি হায়বদি দা হেন্না লানবা অমা লৈত্রে। টাউন হোলদা অভিনন্দন পীখিবা থৌদৌভু ভারত ইতিহাসতা থোইদোকপা খোঙফম অমা ওইখিরম্মী।

## ২৪ শুবা পন্দুপ

# পৃথিবীগী লাঙ্গাও অমসুং অসহযোগ

সরকারগী অকনবা দমন-নীতিনা বঙ্গদেশকী বিপ্লবকী আন্দোলন অয়োনবা লমীরোমদা চৎখিরম্মী অমসুং মসিগী মহৈদি হৌগৎলকখিবা নহারোল কাণ্ডবুনা আন্দোলন অসিবু মীয়ুংশিগা লোয়ননা মতেং পাংনিংলম্মী। আন্দোলন অসিদা মখোনা লৈনা অমসুং মশা মশাবু পুমকৎ কখোকখিবগী থৌদোশিংবু থাগৎনখিবা খরা হেন্না জ্ঞান লৈরবা অহল্লোন কাণ্ডবুনা আন্দোলন অসিনা মশীং খণ্ডরবা মীয়োল কয়া চৃপ্পা ঙাকপীহৈবা অমসুং অহিংসাগী য়াথল্দা হৈনজুনতা লাক্লবা জাতি অসিদা থোকহল্লকদোবা অমাঙ-অতাশিং অদুবুস্থ খঙলম্মী। যাম্না ফুংঙাইতবা অমনা সমাজগী অবস্থাবু ফগৎহল্লবগী, শিক্ষা অমসুং শ্রম-শিল্পগী থৌদোশিংবু চাওথৎহন্নবা নোম-লীকপীনবা মীগী মশীং হৃত্থখিবসিনি। অসিগুম্বা লৈবাক্তী হিরম খুদিং চাওথৎনবগী থৌরাংদা থোক্লকদোবা অকিবগী মশক ফংলবা থৌদোক কয়াবু হৌগৎলকপদগী হৌনা নিংথিনা খঙখিবা মীসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মথক্তনি হায়বা য়াই। অদুগা মহাক্না থোইদোক্না ফুংনাংখিবা অমদি (পৃথিবী অসিগী লৈরিবা ফিভম মতাসিদগী য়েংলুরবদি য়াফমস্থ থোকপা নত্রগা অচাবা থৌদোমক্লিন্থ হায়বা য়াবা) হিংসা তৌবগী য়াথলবু 'ইমাগী সেবা তৌজবনি'' হায়বা ফজরবা ভাব প্রবণতাগী পারবা ফিজোন্না মপাহ্নোংদা কুপতুনা থবগী ভাব অমসুং হিন্দু ধর্মগী নীতিবু ঙাকপা ওইনা চৎনরক্লিবা অদুনি। মহাক "বঙ্গদর্শন" গী সম্পাদক ওইবা তোকখিরম্মী। য়াথল্দা অমসুং থবক্তা খুম্মাং চাওশিনবগী ভাব অমসুং থৌনা লৈবা ফিরেপ লেপ্পা, মীয়ামগী অপাম-পামদা থোইদোক্না থহ্নবা অমসুং পৈশাগী য়া য়েংদবা পত্রিকা অমা চিংঙৈ পুথোকফম থোক্লে হায়বসি কন্না খাজরম্মী। "সাধনা" গী হাক্তক্তা মানদি য়াম্না য়াওহন্নিংবা অদুগা য়াওহনবদি ঙমখিত্রবা মাগী অয়োকপী মমৌ অমা লুহোংদুনা লৌথিবা, মতমদুদনা কলকাতা হাই কোর্ট বারদা উকিল ওইরিবা প্রমথ চৌধুরীবু (১৮৬৮-১৯৪৮) রবীন্দ্রনাথনা পুথোক্লে থল্লিবা পত্রিকাসিগী সম্পাদক ওইহন্নবা খল্লম্মী। চৌধুরী মতম থরা "ভারতী" গী (অমসুং "সাহিত্য" গী) দমক গন্তগী প্রবন্ধশিং অমসুং কবিতাশিং ইরম্বা মীশক্লি অমসুং মাগী ফোঙদোকপগী মফোঙদোক্তা তরং তরংনা মচিন খৌবগীদমক অমসুং মঙুংগী মচাক্তা য়াথল থল্লিংঙাই তরু ত+না উহনবদগী মাগী খুৎই তোপ তোপ তারম্মী।

সাল ১৯১৪ গী মে থাদা "সবুজপত্র" ফোঙবা হৌরম্মী। পত্রিকাসিগী অচাবা অপাক-অরাক, মচু তাবা ময়েক্তা ছাপা তৌবা অমসুং বিজ্ঞাপন অমত্তা হাপ্তবা মতৌসিনা মীয়াম্না মসিবু পাম্নরম্মী। মসিগী শক্তম অসিনি হাযবগী চিহ্ন ওইনা কোনা মনাগী চযামূর্তি অমা অশংবা পাংথক্তা যেকপদুনা লোইবম্মী, অতৈ অমত্তা য়েক্লমদে। কোনা মনাবু অসুম্না থল্লুবগী মরমদি পাম্বীসিগী মনানা মতম পূম্নমক্তা মাগা হৌমিন্নরিবা পাম্বীশিংদগী তরক তরক অমসুং তরেক তরেক থিঙ্গত্তনা লৈবা মরমসিদগীনি। মসিগী মরুওইবা প্রবন্ধ ইবশিংদি, অযাম্বা চেফোঙশিংগী মশীংশিংদা মখোয় অনীতনা মইগ্রবা, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মশাগা অমসুং সম্পাদক্তা অনীসিনি। অতোপ্পা অইবশিংনা রবীন্দ্রনাথকী তুংইনবা নহাবোলশিং, চৌধুরীগী মুমদা সাহিত্য নৈনবদা ইতৎ তক্তনা যাওথিবা সাহিত্যবু পামজবা মীওইশিং অসিনি। মখোয় পূম্নমক মরম্নাই রাথল লৈজবা অমসুং মচিন থৌবা খুৎইদা ইচম চম্না ইবা মীশকমক্তনি। পত্রিকাসিনা ইবদা অমসুং ঙাঙন-শরুবদা লোন্দা খেন্নরিবা অসিবু ঙম্বমথৈ কোকহন্ননবা হোৎনরম্মী। চৌধুরীনা সাধু ভাষা হাযবদি সংস্কৃত রাহৈতেনা মপূং ওইবা লোন অসিগী মহুত্তা চলিত ভাষা হাযবদি অমুক হুমিদাং ঙাঙনরিবা লোন্দা ইননবা হোৎনবদা মকোক চিংলম্মী।

চৌধুরী কবিতা ইথিবা মতম পংশাং শাংলমদে। মহাক্কী কবিতাশিং, অয়াম্বনা সোনেটনি, অপিকপা লাইরিক অনীথক্তা খোমজিল্লগা ফোঙলম্মী। মখোয়দুদি "সনেট পঞ্চাশৎ" (সোনেটকী শতাব্দী তঙ্খায় অমা, ১৯১৩) অমসুং "পদচারণ" (খোঙকাপ নাইবা খোঙচৎ, ১৯১৯) হাযবসিনি। রাজনীতি, সমাজনীতি অমসুং সাহিত্যগা থন্ননিংঙাই মচাক যাওবা, মচিন থৌবা মৌলিক খুৎইগী মাগা প্রবন্ধশিং লাইরিক অচৌবা অমসুং মচাশিং খবদা খোমজিল্লগা পুথোক্লম্মী, মখোয়দুদি, "তেল নুন লকড়ি" (থাউ-থুম অমসুং শীং, ১৯০৬), "বীরবলের হালখাতা" (বীরবলগী চৎনরিবা চেফোঙ, ১৯১৭), "নানাকথা" (মথল-মথেলগী রারী-রাতাই, ১৯১৭), "দু ইয়ারকি" (মপু অনীনা পানবা, ১৯২০), "নানা চর্চা" (মথল-মথেন রাখন্নবা, ১৯৩২) অসিনচিংবনি। মহাক্কী য়াক্লবা খোম্লোক্তা ইবা প্রবন্ধশিং 'বীরবল' হায়বা অশাবা মিঙ্গৌদা অইবা শাদুনা ফোঙদেক্লম্মী। মমিং অসি মহাক্না অখন্নবা পামখিবসি আকবরগী সভাসদ ওইখিবা বীরবলনা তৌখিবগুম্না করেম-কথাইনবগী অনৌ অনৌবা মওং শাগত্তুনা ইবা খুৎইশিং মহাক্না পাম্লম্মী হাযবসি তাকই। চৌধুরীনা ফজবা রারীমচাশিং খরসু ইরম্মী; মখোয়সিগী মহুংদা খাইদগী ফজবা রারী মরীথক পূনশিন্দুনা ফোঙখিবা "চার ইয়ারী কথা" (মরুপ মরীগী রারী, ১৯১৬) পনবদা মতিক চাই।

"সবুজপত্র" থোক্লক্তি ৈগে চহী অমা অনীগী মমাঙদা হায়মী অরিবা থা থাগী পত্রিকা "ভারতী" গীদমক ইননবা মনিলাল গঙ্গোপাধ্যায়না লুচিংবা নহারোল লেখকশিং অমসুং মাগী মরুপ-মপাংশিং থরা পুনশিন্নখিরম্মী। মখোয়না ইনিংবগী রাথল পোকখিবসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা সভাপতি ওইদুনা মাগী এয়ুমদা হেক হেক ফমখিবা 'বিচিত্র সভা' কৌবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান অসিদা যাওখিবদগীনি। হায়রিবা সভা অসিদা শিল্পাচার্য মচিন-মনা, গগনেন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং অবনীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং অকোনবগী আচার্য অসিগী মকোকচিংবা ছাত্রশিং অসিতকুমার হালদার (১৮৯০ ১৯৬৪) অমসুং নন্দলাল বসুগুম্বা (১৮৮৩-১৯৬৬) মীওইশিংসু যাওরম্মী।

"ভারতী" গীদমক ইখিবা নহারোল থরা অমসু মসিগী সম্পাদক গঙ্গোপাধ্যায় অমসুং সহ-সম্পাদক সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায (১৮৮৪) উপন্যাস ইবদা মমিং চৎখিরম্মী। মখোয়সিগী মরক্তা চারুচন্দ্র বন্দোপাধ্যায (১৮৭০-১৯৩৮), হেমেন্দ্রকুমার রায় (১৮৮৮-১৯৬৩), হেমেন্দ্রলাল রায় (১৮৯২-১৯৩৫), সুরেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায (১৮৮২ ? লৈথিদবা) প্রেমাঙ্কুর আতর্থী (১৮৯০-১৯৬৪), বিভুতিভূষণ ভট্ট (১৮৮১ ?) অসিনচিংবা য়াওই। গঙ্গোপাধ্যায়না লুচিংবা নহারোল লেথকশিংনা ইবা রারীমচাশিং অমসুং উপন্যাসশিংদা মখোযনা বাস্তব বাদপু (Realism) পায়রম্মী হায়বসি উবা ফংই।

অমুক নৌনা শেমগৎলবা "ভারতী" গীদমক প্রবন্ধ ইথিবশিংগী মরক্তা থ্বাই পুরমক্তগী শরাইবা লেথক্তি আধুনিক ভারতীয শিল্প কলাগী গুরু অবনীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি (১৮৭১-১৯৫১)। অবনীন্দ্রনাথপু মাগী মথুরা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লাইরিক ইননব-গীদমক সাল ১৮৯৫ দগী হৌনা তক্লনরম্মী অমসুং মরম অসিদগী মহাক্না মশাগী অয়েকপা লাই হাপ্তুনা অঙাংশিংগী ফজরবা লাইরিক মচা অনীথক ফোঙলম্মী; অমনা হান্ননা লৈজরবা ফুঙ্গারারীদগী লৌথোকপনি, অতোপ্পদুনা "শকুন্তলা" গী রারীদগীনি। মথংদা ইবনা রাজপুত নিংথৌশিংগী মথৌনা ফবগী রারীশিংদগী লৌথোক্তুনা ইবনি, মসিসু অঙাংশিংগীদমক মরুওইনা ইখিবনি। মখোযশিংসি "ভারতী" দা হান্ননা ফোঙদোক্লম্মী (১৯০৪-১৯০৮)। সিগী মতুংদা "রাজ কাহিনী" (নিংথৌশিংগী রারী মযাম), কৌবা লাইরিক অমগা শরুক অনী থোক্না ইদুনা ফোঙলম্মী। থ্বাইদগী ফজবা অমসুং মশাগী লাইশিং হাপচিন্দুনা ফোঙখিবা অবনীন্দ্রনাথকী লাইরিকশিংদি "ভূপতরীর দেশ" (ভূত প্রেতকী লৈবাক, ১৯১৫) অমসুং "থাজাঞ্চির খাতা" (হিসাব শুবগী চেকোঙ, ১৯১৬) কৌবা অনীসিনি। অহানবগীসিনা ভাবনা শাগৎপা অঙাংগী নাউত্তম রারীদা য়াওবা মঙলৈবাকী মিত্রংগা আরবকী রারীশিংগা পুনশিন্নদুনা শেমনি। অসিগুম্বা

ৱারী কলম শিজিন্নবদা হৈনীংবতূক তুলি শিজিন্নবদসু হৈনীংবা লেখক অমগী কলমদগী চেম্বরক্লগতা ওইগদোবা মভাই। অকোনবগীসিনা লেখক্লা মাগী ইমুং-মনুংগী মানা হৈনজবা কাচিন-কোয়াগী অচম্বা থৌদোকশিংদগী মওলৈবাক অমা শাগত্তুনা ইবনি। অবনীন্দ্রনাথ মপুক্সি লোইরমদাই চহী থরতা মভাইরবা ফাওবদা অঙাংশিংগী লাইরিক ইবা তোক্লমদে। মহাক্লা ইবম্বশিংগী মচুংদা থ্বাইদগী শীংথানীংঙাই ওইবা লাইরিক-শিংদি "পথে বিপথে" ( লম্বীদা অমসুং চোইথোক্লবা লম্বী লমখাঙদা, ১৯১৯ ) কৌবা ৱারীমচাশিং অমসুং অয়েকপা লাইশিং থোমজিল্লম্বা, "বাংলার ব্রত" ( ১৯১৯ ) কৌবা ফজনা য়েক্লবা লাইশিংগা কোম্নবা বাঙালী নুপীশিংগী পাঙথোকফম থোকপা ইমুং-মনুংগী অমসুং ধর্মগী থবক অমসুং মচুগা কোম্নবা শিল্পশিংগী মরমদা ইবা লাইরিক অমসুং কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বাগেশ্বরী অধ্যাপক ওইরিঙৈ হাত্তক্লা ( ১৯২৩-২৮ ) শিল্পকলা অমসুং মসিগা লৈনবা মরীগী সমালোচনা তৌদুনা পীথিবা মহাক্কী ভাষনশিংবু থোমজিন্দুনা "বাগেশ্বরী শিল্প প্রবন্ধাবলী" ( ১৯৪১ ) লাইরিক ওইনা ফোঙদোকখিবা অসিনচিংবসিনি। শিল্পগী মরমদা মহাক্লা ইরম্বা অমসুং মরক মরক্তা "ভারতী" দা হাপথিবা প্রবন্ধশিং হন্দক্তা থোমজিন্দুনা "ভারত শিল্প" কৌবা লাইরিক মচা অমা হন্দক্তা ফোঙদোকপ্রে। মানা ইরম্বা অরোইবা লাইরিকশিং মখাগী পুক্সি ৱারীগী ঙাক্তনি। "ঘরোয়া" ( ইমুংগী ৱা, ১৯৪১ ) অমসুং "জোড়াসাঁকোর ধারে" ( জোড়াসাঁকোগী মনাক্তা, ১৯৪৪ ) হায়বা লাইরিকশিং মহাক্লা শ্রীমতী রাণীচন্দগা পুন্না ইমিন্নবনি। মসিদা ঠাকুরগী ইমুং-মনুংগী মুংঙাইরবা থৌদোক-ৱাথোক্কী মতাঙ কয়ামরুম য়াওরি।

অবনীন্দ্রনাথ 'ভারতী'' গী কাংবুগা হকথেংননা থক তিন্ন খোংনথিদে অমসুং মাগী মমাকন্নপা মনিলাল গঙ্গোপাধ্যায়গী মযাম তিন্নফম ওইনবা পত্রিকাগী অফিস অমসুং ছাপাখানাগী য়ুমগা মথক থংবা কাদা মুমিদাংৱাই থুদিং ফমশিবা মীফমদা মহাক নোংমতা মশক উথিদে। তৌইগুম্বসুং নহারোল লেখকশিংগী পুরিংদা পোকহনখিবা ভারতকী শিল্পকলাবু পাম্বগী ৱাথল, অরোন-অথুপ য়াওদ্রবা পুক্সি মরেন, শিল্পকলাদা হৈনিংবা অমসুং ফরাসী কবিতা পামজবগী ভাব ( মোগল মতমগী য়েক-থোৎপা অমসুং ওমর থায়মগী থুৎইনচিংবদা পুরিং চঙলকপা ) অসিনচিংবা পোকহনখিবসি অবনীন্দ্রনাথকী মপান্দগীনি।

সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত ( ১৮৮২-১৯২২ ) "ভারতী" কাঙলুপকী মরুওইবা সদস্য অমনি। মতমচুগী নহারোল বাঙালী লেখকশিংদা রবীন্দ্রনাথতমী ফাওবা হেন্না প্রভাব

তাহনখিবা শাঁংথানবা য়ারবা কবিনি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতৌ-মওং শিন্দোক্তনা ইবদি ভস্বস্থ ময়াওরম্মী। তৌইগুম্বস্থং মতুং চপচানা ইন্দুনা ইবদি শুপওম ওম্নমদে। অতুগা দত্তগী মতৌ তম্বদি য়াম্না লাইনা থোক্লম্মী, কান্নবস্থ ফংলম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত তরামাপনশুবা শতাব্দীগী মরায়রাইগী গদ্য খুৎইদা মীথোই-মীহেনখিবা লেখক অক্ষয়কুমার দত্তগী মশুপানি। মপুবোক্কী বিজ্ঞান খণ্ডনিংবা, অচুম্ববু থিদোক্লিংবা, ইচম চম্বা পুন্সি মরেন অমস্থং মরৈবাকপু কুংশিজবা অসিগুম্বা মশুং পূম্নমক মশুপাসিনা ফংহোই। পূম্নমক অসিগী মমি মাগী খৎইশিংদা ত্থারি। লৈবাক-সিদা হৌরক্লিবা সামাজিক অমস্থং রাজনৈতিক আন্দোলনদা মহাক চপচানা শরুক য়ারম্মী। স্বদেশী আন্দোলন হেক হৌগৎলকপা মতমমক্তদা মহাকস্থ কবিতা ইবা হৌখিরম্মী অদুবু লাইবকথিবদগী অসহযোগ আন্দোলন্না কনখৎলকপা মতমদা মাগী পুন্সি মচং মতম চাদনা লোমখিবম্মী। দত্তগী অহানবা অশাংবা কবিতা অনীথক লাইরিক মচা অমদা পূন্না থোমজিন্দুনা ফোঙদোক্লম্মী (১৯০০-১৯০৫)। মসিগী কবিতাশিং অমস্থং 'বেণু ও বীণা' (১৯০৬) অমস্থং 'হোমশিখা' (যজ্ঞগী মৈরী, ১৯০৭) কৌবা কবিতাশিংদা মাইকেল মধুসূদন দত্ত, দেবেন্দ্রনাথ সেন অমস্থং অক্ষয়কুমার বড়ালগী প্রভাব খরা খরা চঙবা উই। মহাকপু "সাহিত্য" গী কাঙবুদা চিংশিনখিবসি অকোনবগী কবি অনীসিগী খুৎইশিং পা৺বদগীনি হায়বা যাই। মাগা কোলেজদা তম্মিন্নরকপা মরুপ সতীশচন্দ্র বাযনা মহাকপু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমস্থং মাগী লাইরিক-শিংগা তিন্ন-তোৎনহনখি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাশিংগী মতৌ তমদুনা ইবা হায়বসি করিস্থ কান্নবোই হায়বসি মহাক্না ইবা হেক হৌরকপদগী হৌনা দত্তনা খঙলম্মী অমস্থং মচুং হুক্তিনবা অহুভূতি অমস্থং ভাবাবেগরোমদা ওনশিন্দুনা ইবস্থ মহাক কান্নবোই হাযবস্থ খঙলম্মী। মহান্না রাহৈগী খোম্থোক অমস্থং ছন্দদা তাংদুনা লাইযেকপগী মৎংদা ইবা কবিতাগী খুৎইবুনা থম্মোযস্থংদগী থোক্লকপা কুংশি-কুংওনবা হৎইদগা হেন্না পান্নম্মী মরমদি মসিনা হেন্না মহান্না হৈনগনি হাযনা খল্লম্মী। মহাক্কী অহুমশুবা মশাগী মৌলিক কবিতাশিংগী লাইরিক "ফুলের কমল" (লৈরাংগী মহৈ, ১৯১১) হায়বা ফরাসী লোনগী কবিতাগী ক্রিযা য়াওদবা রাহৈপরেংগী মমিং "ফসল এ গুল" হায়বসিদগী লৌদুনা থোনখিবা অসিদা যাওরিবা কবিতাশিংদা মাগী খুৎইগী মপুংফাবা মতৌদু উবা ফংই। মসিগী চাং মথংগী লাইরিক "কুহু ও কেকা" (কোকিল অমস্থং রাহোং, ১৯১২) দস্থ লেঙদনা থম্মী। সাল ১৯০৯ গী নোংজুপাম্বাদা ইখিবা "তুলির লিখন" (তুলিনা ইবশিং, ১৯১৪) হায়বসিগী কবিতাশিং গাথা হায়বদি অতেনবা পংক্তিশিং শিজিন্নদুনা

ৱারী ওইনা ইবমক্তনি। সাল ১৯১৩ দগী ১৯১৫ ফাওবগী মতুংদা ইখিবা "অভ্র-আবীর" (নোংদার অমসুং আবীরগী মকুপ, ১৯১৬) হায়বা কবিতাগী লাইরিক ছন্দ অমসুং লোন শেম্বদা কবিনা থোইদোক্না পুরিং চঙলি হায়বসি উবা ফংই। কবিনা ইরম্বশিং অনুবাদ তৌদুনা হাপ্পনা মহারা মায়কৈ অসোমদা কয়া য়াম্না মায়পাকখিবা হায়বসু ফোঙদোকপা ঙম্লোই।

ফাগী-ফারাং তৌদুনা অমসুং নোকুদুনা ইবা কবিতাদা দস্ত য়াম্না খুৎলোয়না ইরম্মী। অসিগুম্বা মখলগী কবিতাশিং খোমজিল্লগা সাল ১৯১৭ তা "হসন্তিকা" (ওইদা পরাং ঙাম্থোক্লকপা) কৌবা লাইরিক অমা ফোঙলম্মী। মসিগী অযাম্বা কবিতাশিং অসিদা প্রমথ চৌধুরীনা মাগী ৱারেংশিং থরদা ইখিবগুম য়াম্না অয়াকপা অমসুং শাফু কনবা খুৎইদা ইরম্মী। মসিগী প্রমান হায়ববু বর্দ্ধমান্দা সাল ১৯১০ দা ফমখিবা বঙ্গীয় সাহিত্য সম্মিলনগী সভাদা হরপ্রসাদ শাস্ত্রীনা মাগী সভাপতিগী ভাষন্দা অস্থম্না হায়রমী, মহুদি, হৌজিক্কী বাঙালী লেখকশিংনা কবিস্ব য়াওদ্রবা তয়াং তয়াংবা বিষয়মক্তা ইনরক্লে, থম্ননিংঙাই ওইরবা অচৌবা ৱাফম য়াওবা মহাকাব্যগুম্বা অমত্তসু ইনরক্তে। দস্তুনা মসিগী অচাবা পাউখুম কবিতাদা ইদুনা "প্রবাসী" পত্রিকাগী ওল্লকপা থাগী চেফোঙদা হাপ্লম্মী। মদুগী শরুক খরা মখাদা অনুবাদ তৌদুনা পীরি :

য়েংউ। সাংখ্য দর্শন হৌদোক্লম্বদুনা
স্বপ্নগী অপিক-অপিকপা স্তুত্র তরানিথোইনা
থুজিং ওইবা থবতমক মইরম্মী, মরমসিনা
মহাক সম্মিলনী অমত্তদা ফম্নফম ফংখিদে।
হে য়াম্বা। সিগী মহুত্তা করিগুম্বা অচৌ অচৌবা
লাইরিক অহুমদং ইজরম্নবা মহাক্না পণ্ডিতশিংনা
থাজবীবমগনি মহাকপু অমসুং মন্নাইবক থীরবা
ফুপাদো হোৎনরম্বা ঙমগনি শাখাপতি ওইনা
থলহগুবা য়ামত্রবদা দর্শন শাখাগা
(পণ্ডিতশিংগী সম্মিলন্দা)। অন্নাবনি অহুবু
মন্নাইবক থীবা ফুপাহু পামজ্জৈ অতেনবা
অদুতা, অদুনা ইরম্মী মহারা থঙবদা ৱারবা
ৱাহৈ থরতা ; মরম অসিদগী জম্বুদ্বীপ অসিদা
(বিশ্ববিদ্যালয়গী) ফেলোসীপকা লোয়ননা
অধ্যাপক্কী ফম অমত্তা ফংখিদে।

অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লোইরকপদা বিদেশীশিংনা লোই চল্লিবা অতুদগী থরমথৈদি নীং-খা তন্বা ফংলগনি হায়না থাজনরবতু অরেম্বা হেক তাখিবদা মীয়াম পূম্নমক চময়বমা পোক্লম্মী। অসুম্বা নীংবা কায়বা অসিনা মহাত্মা গান্ধীনা সাল ১৯২০ দা হৌদোকখিবা অসহযোগ আন্দোলনদা খুদোংচাবমা থোকহল্লম্মী। মাগা তিন্নবা মরুপ-মপাংশিংদোনা তপথরবা দত্তনা আন্দোলন অসিবু য়াম্না হরাওবগা লোয়নননা ওক্লম্মী অমসুং ভারতকী সাহিত্যগী মতুংদা আন্দোলন অসিবু ইফোং ফোংনা থাগৎখিবসি মহাক্না ইখিবা কবিতাতুনা ইহান হানবনি। অসিগুম্বা ইচং থোবা আন্দোলনসিবু থৌজিনবগী রাঙাং থংফোঙ হেক ফোঙদোক্লকপদা বৃটিশশিংনা চৎখিবা শাজৎ ওন্থোক্লা হুংশি-হৈরমদে অমসুং মসিগী শাজৎসিনা শিল্পীশিংনা আন্দোলনসিবু হুংশিবমা য়াওনা শোগৎনিংবগী ভাব পোকহল্লম্মী। দত্তনা মাগী "চরকার গান" দা অসুম্না ইরম্মী,

> নোংচুপলোমগী সভ্যতা মৈরী চেনবা মিৎনি
> চাথেক্লি ( পূম্নমক য়েংউবদা মসিনা )।
> শাগৎলি মসিনা কল কারখানা কয়া
> চুপথোক্লবা মহাও নহা পাথংগী মপাঙ্গল।
> থোক্লকপা মৈখুনা মৈখু উতোংশিংদগী
> চাকথেক্লি লৌবুক-লমহাং চেম্বরি গন্ধা
> সেপটিক টেঙ্ককী মরীল ওইনা।

সাল ১৯১৪ দগীনা মহাক্না লৈখিদ্রবা মতম ফাওবদা ইরম্বা কবিতাশিং "বেলাশেষের গান" অমসুং "বিদায় আরতি" কৌবা লাইরিক অনীদা থোমজিন্দুনা মহাক্না নোঙ্গাপ্রবা মতুংদা ফোঙলম্মী ( ১৯২২ )। কবিতাশিং অসিদা থোইদোক্না হেঙ্গৎলকপা য়াওদেদি হায়ববু লোন্দা পাবা হুংঙাইবা অমসুং ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎপগী শরুক থরদি উবা ফংই। ঙাঙনরিবা লোন পামজবা কবিগী রাখল মসিদা ময়েকশেংনা ফোংদোকই। লাইরিকশিং অসিদা য়াওরিবা কবিতাশিং থরদি দত্তগী খ্বাইদগী ফজবা খুৎইনি: মহাক্কী অসিগুম্বা অথন্নবা কবিতাশি অসিদা অথন্নবা রাহৈ-রাতাশিংবু থোঙজেল য়াঙলবা ছন্দগী তাল মাত্রাগী মতেংদগী য়েক্লকপা চিত্রগী পরেং পরেং অমসুং মতেক মতেক থোকহল্লিবা চিত্রশিং অতুনা অপাবশিংবু পুমত্তম শুমহৎখি। "পালকির গান" ( দোলাইগী ঈশৈ ) অমসুং "দূরের পাল্লা" ( লাপ্পা চৎপা খোঙচৎ ) মসিদা য়াওবা মথল অসিগী কবিতাশিংনি।

সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত য়ারেংস্থ থরা ইরম্মী। মহাক্কা ইবা অয়াম্বদি নোক্লতুনা ইবা ঙাক্তনি অমস্তং অস্নমা ইবা য়ারেংশিং মাগী করেম-কথাইনবা কবিতাশিংদা তৌবদোনা শাজিন্নবা মমিং 'নবকুমার কবিরত্ন' হায়নবসিগী মিংদা ফোঙলম্মী। য়াম্না শাংনা ইবা য়ারেং, লাইরিকমচা হায়নস্ত কৌবা যাবা, মমিংনা "ছন্দঃ সরস্বতী" (ছন্দগী লাইরেম্বী) কৌবা অমস্তং "ভারতী" দা ফোঙদোকখিবনু (১৯১৮) পাবদা য়াম্না তুংঙাই। কল্পনা তৌতুনা ইবা মতাঙদনা পদ্যদা মপুং ওইনা ইতুনা বাংলা ছন্দগী প্রকৃতি, মগুণ অমস্তং রীতিবু কবিগী হৌনবী ভাবতা ফোঙদোক্তুনা গদ্য অমস্তং পদ্য থুংই অনীগী অপুনবা লাইরিক্লি। সত্যেন্দ্রনাথ দত্তনা ষ্টিফেন ফিলিপ্স, পি ঐচ পিয়ারস অমস্তং মোরিস মেটারলিঙ্ক অসিনচিংবা ইংরেজ অমস্তং য়ুরোপকী লেথকশিংগী য়ারীমচাশিং বাংলাদা অনুবাদ তৌরম্মী। অনুবাদশিং অসি "রঙ্গমল্লী" (১৯১৩) কৌবা লাইরিক্তা থোমজিল্লম্মী। "ধুপের ধোঁয়ায" মহাক মশাগী অশেংবা অমত্তা ঙাইরবা নাটক্লি ("ভারতী"দা সাল ১৯২০ দা ফোঙলম্মী)। মসি ফাগী-ফারাং তৌতুনা ইবা নাটক মচানি চরিত্র পুম্নমক তুপী ঙাক্তনি। দশরথ নিংথৌগী কোন্থং মন্থংগা য়ানা য়ারীগী ঘটনা শেম্মী। নাটক অসি পৌরাণিক মতমগী মওং-মতৌশিংগা মান্নমা পুথোক্লনবগীদমক রঙ্গমঞ্চ অমস্তং ফিজেৎ-চাকচেৎনচিংবা শেম-শাবদা লেথক্কা য়াম্না য়ানা অমস্তং কুপ্পা য়েংশিন্দুনা পরিচালনা তৌরম্মী।

দত্তনা ঐতিহাসিক নাটক অমস্ত ঙাওন-চৎনরিবা লোন্দাদা ইবা হৌগৎলম্মী অদুবু লোইশিনবা ঙমদনা থনম্লে। মাগী অমত্তা ঙাইরবা উপন্যাস "জন্মদুঃখী" (১৯১২) কৌই, মসি নোরবেগী লেথক জোনাস লীএগী *Livsslaven* হায়বতুদগী বাংলাদা অনুবাদ তৌবনি। অনুবাদ অসিদগী দত্তনা সমাজনা থওইবীদ্রবা শিন্মী কাঙবুগীদমক মীচুংশি কয়া য়াম্না থঙবা ঙন্মী হায়বসি থঙই। বাঙালী লাইরিক পাবশিংদা চীন দেশকী তাও অমস্তং কোনফুসিয়ান ধর্মগী মরম থঙহন্নবগীদমক "চীনের ধুপ" (১৯১২) কৌবা অতেনবা প্রবন্ধ মরীগী লাইরিক অমা দত্তনা ইরম্মী।

দত্তনা পৃথিবীগী মকু মচু ওইবা থায়নগী অমস্তং হৌজিক্কী মতমগী লোন্দা ইবা কবিতা কয়ামক্লম বাংলা লোন্দা অনুবাদ তৌরম্মী। মহাক সংস্কৃত অমস্তং ইংরেজী নিংথিনা হৈরম্মী অমস্তং ফরাসী লোনস্থ শিজিন্নবা য়ানা থঙলম্মী। ফরাসী লোনস্থ থরমথৈ থঙলম্মী অমস্তং ভারতকী লোন থরগা য়ুরোপকী লোন অমা অনী থজিক থজিক থঙলম্মী। মরম অসিনা মহাক মশাগীনি হায়না ইরবা অয়াম্বা ইংরেজীদগী হন্দোক্তুনা ইথিবনি। মহাক্কা অনুবাদ তৌথিবা কবিতাশিং লাইরিক অহুমদা থোমজিম্মী, মথোয়রতুদি অসিনি, "তীর্থ সলিল" (তীর্থগী ঈশিং, ১৯০৮), "তীর্থ

রেন্থ" ( তীর্থগী উফুল, ১৯১০ ) অমসুং "মনি মঞ্জুষা" (মনি-মুক্তাগী উপু মচা, ১৯১৫)। মহাক্না অন্থবাদ তৌখিবা কবিতাশিংগী মন্থংদা ঋগবেদগী স্তোত্র অমসুং সংস্কৃতকী কবিতাশিং, ভারতকী কবিতাশিং, লোন্না আর্য, দ্রাবিড, অষ্ট্রিক তিব্বতী বর্মা ফুরূপকী লোন্দা ইবা অমসুং চীনা অমসুং জাপানগী মালয়াগী কবিতাশিং অমসুং ইংরেজী অমসুং অতোপ-অতোপ্পা য়ুরোপকী থাযনগী অমসুং আধুনিক লোন্দা ইবা কবিতাশিং য়াওরি। ইংরেজী অমসুং য়ুরোপকী ( জর্মন অমসুং ফ্রান্সকী ) কবিশিং মহাক্না অনুবাদ তৌবদা যাওখিবশিংগী মমিংদি, আলফ্রেদ অষ্টিন, রোবার্ট ব্রিজেস, রিলিয়ম বটলর ইয়েটস, এজরা পাউণ্ড, আর্থার ও সাইনেসি, আলো হোলটস, ভিক্টর হিয়ুগো, মোরিস মেটারলিঙ্ক, শোল বোদলেযর, পোল ভেবলেন, সালি প্রুধোম, পোল ভালেরি, এমিল ভেরহেন অসিনচিংবনি।

দত্ত অনুবাদ তৌবদনা হেন্না হৈনৈ। মহাক্না তৌবা অন্থবাদ পূম্নমক চুম্না তৌরমদবস্থ যাই অতুবু বাংলা লোন্দা ইরিবশিং অদুদা দোষ অমত্তা য়াওবা উদে।

শতাব্দীসিগী অনীশুরকপা চহী তরাগী মতাঙসিদা ফজবা কবিতা কযা অমসুং পাবদা মতিকচারবা কাব্যশিং কযা সাহিত্য পামজবা লেখক কয়ামুক্না ইনরম্মী। মখোয অযাম্বনা দত্তগী নিংখিজরবা শৈরেং খুৎইগী প্রভাব থাদোকপা ঙম্নমদে অমসুং মখোয়না অস্তম্না ইথিবা কবিতাশিং অপাবশিংনস্থ হরাওনা পানখি। মশীং যামখিদ্রবা দত্তগী প্রভাব চঙবা ঙমখিদবা লেখকশিংগী মন্থংদা দ্বিজেন্দ্রনারায়ণ বাগচী অমনি ( ১৮৭৩-১৯২৪ )। বাগচী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কবিতাবু তশেংনা ফুংশিজবা মীনি অমসুং মহাক্কী কবিতাশিংদা রবীন্দ্রনাথকী প্রতিধ্বনি তাবা ফংই। মহাক লাইরিক পংযাম য়াম্না ইরমদে অমসুং ঐখোযগীদমক লাইরিক অমথক্তং থম্বীরম্মী, মদুদি "একতরা" ( মরী অমত্তা তিংবা বীণা, ১৯১৭ ) হায়বসিনি। মাগী মনাও থোকপা যতীন্দ্রমোহন বাগচীস্থ ( ১৮৭৮-১৯৪৮ ) রবীন্দ্রনাথকী কবিতাবু পামজবা মীশরি। মানা ইবা কবিতাশিং অফ-অফবা পত্রিকাশিংদা সাল ১৮৯৯ দগী হৌনা ফোঙখিরম্মী। অসিগুম্বা কবিতাশিং লাইরিক কয়ামরমদা থোমজিল্লম্মী, মখোযদুদি, "লেখা" ( অইবা, ১৯০৬ ), "রেখা" ( অয়েকপা, ১৯১০ ), "অপরাজিত" ( ১৯১৩ ), "নাগকেশর" ( ১৯১৭ ), "নীহারিকা" ( ১৯২৭ ) অসিনচিংবনি। যতীন্দ্রনাথকী কবিতাশিং য়াম্না চম্থি অমসুং অয়েকপগুম্না নিংথিজে। মাগা হৌমিন্নথিবা অতৈ কবিশিংনা তৌখিবগুম্না মাগী কবিতাশিংদা মহাক্না ফোঙদোকখিবনি অচম্বা পুন্সিবু অমসুং খুন্দংগী দৃশ্যবু পামজবগী মতৌবুনি।

করুণানিধান বন্দোপাধ্যায় ( ১৮৭৭-১৯৫৫ ), কুমুদরঞ্জন মাল্লিক (পোকপা, ১৮৮৩) অমসুং কালিদাস রায় ( পোকপা ১৮৮৯ ) মখোয় অহুমসি কবিগী ভাবনাগী নত্তনা মখোয়গী শিনফম য়েংলগা কাণ্ডবু অমত্তা ওইনা লৌবা য়াই। মখোয় অহুমক স্কুল ওঝা ওইরম্মী। বন্দোপাধ্যায়গী ইহান হাল্লা সাল ১৯০১ দা মহাক্না ইবা জয় ওইবগী নৌরবা ঈশৈ "বঙ্গমঙ্গল" স্বদেশী আন্দোলন থঙহৌদনা হেক হৌরকপা তাঙ্গামকদা ফোঙদোক্লকখি। মসি মওংতানা ইবা শৈরেং নত্তবসু মসিগী মতুংদা থুপতুনা লৈরিবা রাশক অসিদগী অপাবশিংনা মসিবু থোইদোক্না পায়রম্মী। সিগী মতুং তারকপদা ইখিবা মাগী কবিতাশিংদি "প্রসাদী" ( ১৯০৪ ), "ঝরাফুল" ( কেল্লবা লৈরাং, ১৯১১ ), "শান্তিজল ( শেংদোক্লবা ঈশিং, ১৯১৩ ), "ধানদূর্বা" ( ১৯২১ ) অমসুং "রবীন্দ্র আরতি" ( ১৯৩৭ ) অসিনচিংবনি। বন্দোপাধ্যায়গী কবিতাশিং ইচম চম্মী অমসুং লৌথুপ-লৌকোই নাইদে অমসুং মখোয়সি পাবগা দেবেন্দ্রনাথ সেনবু নীংশিংহল্লি। মহাক পংয়াম যাম্না হংমদে অতুগা মখল-মথেল বিষয়সু পংপায় পায়খৎলমদে।

মাল্লিকী কবিতা খুৎইগী মওং বন্দোপাধ্যায অমসুং বাগচীগীদগী থেরৈ। মাল্লিক খুঙ্গং অমসুং খুঙ্গংগা মীশিংবু পাম্বা অমসুং চুংশিবতা নত্তনা খুঙ্গংগী পুন্সিগী শক্তমগী য়াংমদা লৈথিবা পুম্নমক মহাক্না পঙনা লৌশিল্লমদে। মহাক অযোবী বৈষ্ণব ভক্তনি; মহাকী কবিতাশিংদা মসি লোৎলমদে। মাল্লিক সাল ১৯০০ দগী কবিতা ইবা হৌরমী। মহাকী লাইরিক তরাহুমদোই ফোঙলম্মী, মসিগা মওংদা অহুমথক "উজানী", "বন তুলসী" অমসুং 'শতদল" সাল ১৯১১ দা ফোঙলম্মী অমসুং খ্বাইদগী অরোইবা "স্বর্ণসন্ধ্যা" ( সনাগী চুমিদাংবাই ) খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮ দা ফোঙলম্মী। মাল্লিকী কবিতাশিং তেল্লি অমসুং রচনারীতিদা লৌথুপ-লৌকোই যাওদে তৌইগুমসুং পৌরাণিক য়ারীগী মিৎয়েং য়াওই।

কালিদাস রায দ্বিজেন্দ্রনারায়ণ বাগচীগুম্না "মানসী ও মর্মবাণী" হৌদোকখিবা নাচোবগী মহারাজ জগদিন্দ্রনাথ রায়গা সাহিত্যগী ফুরুপ্তা যাওরম্মী। রায কবিতাগী লাইরিক তরানিপাল পুথোক্লম্মী, মখোযদুদি, "কুন্দ" ( ১৯০৭ ), "কিশলয" ( ১৯১১ ), "পর্ণপুট" ( ১৯১৪ ), "ক্ষুদকুঁড়া" ( ১৯২২ ), "বৈকালী" ( ১৯৪০ ) অসিনচিংবনি। রায়গী শৈরেংশিং তনান তনাল্লি অমসুং পাবদা নাহ অমসুং প্রকৃতি প্রেমগী ঈহৌনা তদেক তদেকহল্লি।

লাইরিক পংযাম যাম্না হথিদবা লেথকশিংগী মতুংদা মণিলাল গঙ্গোপাধ্যাযগী মথুরাগী মচা কিরণধন চট্টোপাধ্যাযগী ( ১৮৭৭-১৯৩১ ) মমিং পনবা য়াই। মহাক

"ভারতী" পত্রিকাদা ফোঙননবগীতা মইরম্মী। মহাক্না "নতুন খাতা" (অহনবা খাতা, ১৯২৩) কৌবা কবিতাগী লাইরিক অমগা অমসুং "ভারতী" অমসুং অতৈ-অতৈ পত্রিকাশিংদা ফোঙপ্রবা কবিতাশিং থরগতা মইরম্মী। কিরণধন ইমুং-মচুং শুংশিননা পানবা য়ুম্বানবু শুংশিবা কবি অমনি তৌইগুম্বসুং দেবেন্দ্রনাথ সেন অমসুং করুনানিধান বন্দোপাধ্যায়না তৌরম্বগুম্না মঙোন্দা ভক্তিগী ভাব লৈরমদে। মরম অসিনা মহাক্কী কবিতাশিং বাস্তববাদকী রোমান্টিক থৃংই অত্তুম ওইদুনা লৈ।

ভারত্তা হাফটোন ব্লোক ছাপা তৌনবা হৌদোক্লম্বা অমসুং বাংলা লোনগী অঙাংশিংগী খ্বাইদগী ফজবা নাউশুম ৱারীগী লাইরিক অমা ওইথিবা "টুনটুনির কথা" (অপিকপা উচেক্কী ৱারী, ১৯১০) ইরম্বা উপেন্দ্রকিশোর রায় চৌধুরীগী (১৮৬৩-১৯১৫) মচানুপা অহল স্তুকুমার রায় চৌধুরী (১৮৮৭-১৯২৩), "ভারতী" কাঙবুগী য়াম্না মরুওইবা সভ্য অমনি। মহাক ফোটো নম্বগী শিল্পদা থোইদোক-হেন্দোক্লা হৈশিংবা মীশক অমনি। মহাক্না সাল ১৯১৩ দা "সন্দেশ" (অথুম-অহাও) কৌবা অঙাংশিংগী খ্বাইদগী ফরবা পত্রিকানি হায়না খঙনখিবা থা থাদা ফোঙবা চেফোঙ অমা হৌদোক্লম্মী। অঙাংগী সাহিত্যগী মচাক অমা ওইনা লৈহৌরগদৌবা নাউশুম ঊশৈ শৈদাদা ইবা শৈরেং থরা পত্রিকা অসিগীদমক মহাক্না ইরম্মী।

মতমদুগী উপন্যাস থায়নদগী চৎনরকপা থৃংইদা অত্তুম ইনরম্মীদি হায়ববু মম্ংগী মচাক হান্নগী অত্তুদগী ফনা য়াম্না থুম্মাং চাওশিল্লে হায়বা শেংনা তাকই। ভারতীয় শাস্ত্রগী মকোকথোংবা পণ্ডিত হরপ্রসাদ শাস্ত্রী (১৮৫৩ ১৯৩১) অমসুং মাগী ছাত্র রাখালদাস বন্দোপাধ্যায় (১৮৮৫ ১৯৩০) ঐতিহাসিক উপন্যাস ইবদা থোইদোক্লা ময় পাকথিরম্মী। শাস্ত্রীগী "বেণের মেয়ে" (লল্লোনবগী মচানুপী, ১৯২০) দা ইরিবা লোন ভাঙন-চৎনরিবা লোন্দাগা য়াম্না চানৈ। নোংচুপ বঙ্গদা তরামাথোইশুবা শতাব্দীদা চৎনরম্বা য়ুম্বান-কৈবান অমসুং সমাজগী শক্তমত্তু মসিদা য়াম্না চুম্না অমসুং মল্লীক চুম্না উহল্লি। মহাক্কী অতোপ্পা উপন্যাস "কাঞ্চন মালা" (ঐতিহাসিক ৱারীনি) হায়বত্তুস্থ য়াম্না ফজনা ইরম্মী। মসি অহানবদা "বঙ্গদর্শন" দা হাপপ্লবনি (১৮৮৩)। মতমত্তুগী মাগা হৌমিন-কামিন্নবা লেখকশিংগা বাংলা ফজন। ইবদা মাগা চাংদম্নবদা মহাক্না ইহেন হেল্লম্মী, তৌবগীদি মহাক সংস্কৃত নিংথিনা হৈবা মরম্না মাগী থৃংইগী রীতিদা পণ্ডিতশিংতনা ইগদৌবা সাহিত্যগী থৃংই অমসুং সংস্কৃতকী ৱাহৈ-ৱাতা হাপচিন্দুনা ইবদা মহাক করিস্থ চিংনরমদে।

রাখালদাস বন্দোপাধ্যায় মুন্বান পুন্সি থাদুনা ইবা উপন্যাস অহুমগা ঐতিহাসিক উপন্যাস তরেৎথক্কা ইরম্মী। অকোনবগী উপন্যাসশিং অসিগীদমক মহাকপু শীংথানবা য়াই। "পাষানের কথা" (নুঙ অমগী রারী, ১৯১৪) রারীগীদি থোইদোক্কে অদুবু মসিনা ভারত ইতিহাসতা শক নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা লৈরম্বা লৈবাক অসিগী পরিবেশ য়াম্না মরীক চুম্না উৎলি। "করুণা" (১৯১৭) দনা অহল ওইরবা কুমারগুপ্তনা পানবা হাক্তক্তা গুপ্ত সম্রাজ্যনা মরাই চায়থরকপা হৌরকপগী রা ফজনা ই। ময়ায় যুগকী হোগৎলকপদা নোংপোক ভারত্তা পাল্লম্বা রোমান্টিক ওইবা অমসুং অসিনি হায়বা খঙবদা রারবা রাজচরিত্রগী রারী "শশাঙ্ক" (১৯১৪) উপন্যাসতা ইরি। "ধর্মপাল" (১৯১৫) কৌবা উপন্যাসতা পাল শাগৈগী খ্বাইদগী চাউরবা নিংথৌ অমগী মতিক-মগুণ চাউবগী থৌদৌশিং শীংথারি। "ময়ূখ" (১৯১৭) হায়রসিনা বাংলা দেশতা সাহজাহান্না পানবা হাক্তক্তা মোগল অমসুং পোর্তুগীজ শক্তি অনীনা থৎনরকপনা মুন্ফম ওইরগা ইবা রোমান্টিক রারীনি। তরানিপালগুবা শতাব্দীগী মচিনৈদা বঙ্গদেশতা থোকখিবশিংনা "অসীম" (১৯২৪) উপন্যাসকী রারীনি। "লুৎফুল্লা" গী (১৯২৭-২৯ দা মথং মনাও ফোঙখিবা) রারী নাদির শাহনা জয় তৌদুনা পাল্লম্বা মতমদা দিল্লীগী ওইখিবা ফিভমতুনি। উপন্যাস অনীথক, "হেমকণা" অমসুং "ধ্রুব" লোইশিন্দনা থনম্লে। সাহিত্যরোমদগী য়েংবদা রাখালদাসকী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংনা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসশিংদগী হেন্না খুম্মাং চাওশিল্লম্বা নত্তে। তৌইগুরসুং অপাবশিংগী মফমদা রাখালদাসকী রারীনা হকথেংননা ফাওহন্নবা ঐতিহাসিক মচাকশিংবু লৌশিন্নগা (মচাক খরদি মহাক মশানা গবেষনা তৌবদগী ফংখিবনি) অচাবা মওং-মতৌ শেমগৎপা ঙম্বা মাগী শক্তি অদুবুনি খ্বাইনা শীংথানরিবা।

"ভারতী" গী কাঙবুগা মরী লৈনবা নহারোল উপন্যাস লেংবশিংনা মহৌশাদগী ইনরকপা মুংশি-মুংওনগী অমসুং মুন্বান পুন্সিগী রারীশিংদগী নাম্বোক্লবা হোৎনরম্মী। মথোয়গী মরক্তা হেন্না মথৌনা ফবা কাঙবু খরনা লুহোংদনা লৈনবা মুপা মুপীগী মুংশি-মুংওনগী ফজদবা মরী ফাওবা উপন্যাসতা হাপচিল্লকবা হোৎনরম্মী। অসিগুবা মখলগী শীংথানবা য়াবা লাইরিকশিংদি মনিলাল গঙ্গোপাধ্যায়গী "মুক্তি" ("ভারতী"দা অহানবা ফোঙখিবা, ১৯১৪), "পঞ্চতিলক" (চারুচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়না ইবা উপন্যাস, ১৯১৯) অমসুং "ঝড়ের যাত্রী" (হেমেন্দ্রকুমার রায়গী অশাংবা রারী, ১৯২৩) অসিনচিংবসিনি।

"ভারতী" পত্রিকাগী নহায়োল লেখকশিংগী মরুংদা খ্ৱাইদগী হেন্না ইৰদা খুৎলোই-ৱক্লবা মীশক্তি পত্রিকাশিংগী সাল ১৯০৮ দগী হৌনা লোইনৱক্লবা, অহানবদা পত্রিকাশিংগী সহকারী সম্পাদক ওইৱৰদগী সম্পাদক ওইখিবা সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায় ( ১৮৮৪-১৯৬৬ ) হায়বনি। মুখোপাধ্যায় সাল ১৯০৩ দগী ৱারীমচা ইবা হৌৱক্লম্মী অমসুং সাল ১৯১৩ দা মশাগী ৱারীমচা অহুমথক ফোঙলম্মী, মশোযতুদি "শেফালি" ( ১৯২৯ ), "নির্ঝর" ( ১৯১১ ) অমসুং "পুষ্পক" ( ১৯১৩ ) হায়বশিং অসিনি। ঙসি ফাওবদা মহাক্না ইবা উপন্যাস, ৱারীগী লাইৱিক অমসুং নাটক পূন্না চাগী মথক ওইরে অতুবু অযাম্বা শরুক্তি ইংরেজী লাইৱিক্তগী লৌথোকপা নত্রগা অনুবাদ তৌবনি। মহাক্না অনুবাদ তৌখিবা লাইৱিকশিংগী লেখক্তি, মোলিয়ের, গোল্ডস্মিথ, হিয়ুগো, টোলষ্টোয়, মেটারলিঙ্ক, দোদে, গোর্কি, টুর্গেনিভ, মোপাসাঁ, হোগার্দ, মাটুন ( চীনা ), দুমা, ষ্টিভেনসন, রসকিন, ডিকেন্স, সুইফট, ভায়রন, হানস, এণ্ডরসন, ৱাশিংটন আরভিং, লালবিহারী দে অসিনচিংবনি। মুখোপাধ্যায়না মহাভারতকী ৱারীদগী লৌরগা মশাগী ওইনা শেমগত্তুনা সাবিত্রীগী নাটক "স্বয়ংবরা" ( ১৯২১ ) ইৱম্মী। মহাক্না ( মীঙোন্দগী লৌথোক্লগা নত্রগা অনুবাদ তৌতুনা ) ইবা নাটক কয়ামরুম রঙ্গমঞ্চদা থৱমথৈ মায়পাক্না শান্নখিরম্মী।

চারুচন্দ্র বন্দোপাধ্যায় ( ১৮৭৬-১৯৩৮ ) সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়না ইথিব-দৌনা লাইৱিক পংযাম য়াম্না ইবা মী নত্তে। মহাকসু ৱারীমচা ইতুনা সাহিত্যদা খোঙদাৱম্মী অমসুং মতুং তাথৱকপদা ইংরেজী অমসুং অতোপ অতোপ্পা বিদেশী লোনগী উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাশিংবু অনুবাদ তৌরম্মী অমসুং লৌশিন্দুনা ইৱম্মী। মথাগী লাইৱিকশিং অসি থারগা মহাক্না ৱারীমচাগী লাইৱিক তরানিথোইরোম ইৱম্মী, "বরণ ডালা" ( তরাম্না ওকপগী খুদোনপোৎ, ১৯১০ ), "পুষ্পপাত্র" ( লৈতেং শেম্নবা লৈগী গিলাস, ১৯১০ ), "সওগাত" ( খুদোল, ১৯১১ ), "বন জোৎস্না" ( উমংদা থোকপা থাবল, ১৯৩৮ ) অসিনচিংবা। ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়গী বাংলা বিভাগকী অধ্যাপক ওইত্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক "প্রবাসী" পত্রিকাগী সহকারী সম্পাদক ওইৱম্মী। মহাক রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা তিন্ন-তোৎনবদগী মহাক্না ইবা উপন্যাস য়ামদ্রবদা অহুমথকী মচাক মঙোন্দগী ফংলম্মী; উপন্যাসশিং অতুদি মথোয়সিনি, "স্রোতের ফুল" ( তোরৈ মথারোমগী লৈরাং, ১৯১৫ ), "দুইতার" ( লংছী অনী, ১৯১৮ ) অমসুং "হের ফের" ( কিশি-কিরাং, ১৯১৮ )। মহাকী অনীশুবা উপন্যাস "পরগাছা" ( উতাংবী, ১৯১৭ ) মাগী খ্ৱাইদগী ফজবা লাইৱিক্নি। মসিদা ইৱিবদি পুক্নিদা

সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়গী লাইরিকশিংগী মরমদা মথক্তা পনগে। মাগী হেক মতুংদা লাইরিক ফোঙ্গলকখিবশিংদি মাগী মচান্নুপী থোকপীশিং (ভূদেব মুখোপাধ্যায়গী মচানুপীশিং) ইন্দিরা অমসুং অনুরূপা হায়বীশিং অসিনি। ইন্দিরা দেবী (১৮৮০-১৯২২) রারীমচাগী লাইরিক মরী অদুগা উপন্যাস "স্পর্শমনি" (১৯১৮) পুথোক্লম্মী। উপন্যাস অসি মরুমনা ই অমসুং য়ুরান পুন্সিদা থেংনরিবশিং ময়েকশেংনা ফোঙদোকই। মহাক লাইরিক থরম্ব মরমনা অহুবাদ তৌরম্মী। ইন্দিরাগী মনাউম্পী অনুরূপা দেবীসু (১৮৮২-১৯৫৮) চঙথোনবী লেখিকানি। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "জ্যোতিহারা" (মশেক-মঙাল মাঙখ্রবী, ১৯১৫) অহানবদা পত্রিকা অমদা মথং মনাও নাইনা হ,প্পুনা ফোঙদোকখিবম্মী অদুগা মহাকপু অপাবশিংদা শক তাকখিবদি মাগী মথংগী উপন্যাস "পোষ্যপুত্র" (১৯১২) হায়বসিনি। সিগী মথাদা ইখিবা উপন্যাসশিংগী মসুংদা "বাগদত্তা" (থাজখ্রবী, ১৯১ ), "মন্ত্রশক্তি" (১৯১৫), "মহানিশা" (অকিবগী মশক ওইরবা অহিং, ১৯১৯), "মা" (ইমা, ১৯২০) অসিনচিংবসি পনবা য়াই। অনুরূপাগী উপন্যাসশিংগী মরুদা "মন্ত্রশক্তি" হায়বসিনা খ,াইদগী ইহেন হেন্না পাম্নরম্মী। মসিগী রারীসিনা অপাবশিংদা শরৎচন্দ্রগী ইহান হানবা সাল ১৯০৪ দা ফোঙথিবা রারীমচাগী লাইরিক "মন্দির" বু নিংশিংহল্লি। অনুরূপা দেবী ঐতিহাসিক নাটক থরম্ব ইরম্মী।

বিভূতি ভূষন ভট্ট (১৮৮১) রারী ওাক্তা ইরম্মী, অদুগা মদুগী মসুংদা অয়াম্বনা রারীমচানি। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক মরীনি, মথোয়দুদি, "স্বেচ্ছাচারী" (ঙক কনবা, ১৯১৭), "অকাজের কাজ" (কাম্নদবা থবক, ১৯২০), "সহজিযা" (১৯২২) অমসুং "সপ্তপদী" (লুহোংবা'গী খোঙথাং তরেৎ, ১৯২৩) হায়বসিনি। মাগী অহানবা রারীগী লাইরিক "অষ্টক" (নিপান্না শাবা, ১৯১৭) কৌবসিদা মাগা মচন নিরূপমা দেবীনা (১৮৮৩-১৯৫১) ইবা রারীমচাশিং য়াওই। নিরূপমা দেবীনা ইবা রারীমচাশিং "আলেয়া" (মঙাল মশা ওইনা তৌবা, ১৯১৭) দা খোমজিল্লম্মী অমসুং উপন্যাস তরানিথোইদগী হেন্না ইবম্মী। মহাক্কী ইহান হানবা উপন্যাসতি "অন্নপূর্ণার মন্দির" (১৯১৩) কৌই। মসিগী রারী শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী "অনুপমার প্রেম" হায়বা রারীমচাদুগীগা য়াম্না মান্নে। খ,াইদগী ইহেন হেন্না পানখিবা মাগী উপন্যাসতি "দিদি" (লোম্নবী মুপী অহন, মথং মনাও নাইনা ১৯১২-১৩, ১৯১৫ দা ফোঙবা) হায়বসিনি। মহাক্কী অতৈ উপন্যাসশিংগী মসুংদা "উচ্ছৃঙ্খল" (শেম্বা থোক্ত্রবা, ১৯২০) অমসুং "দেবত্র" (ঈশ্বরদা শিন্নথোক্লবা, ১৯২৭) হায়বশিংসি পনবদা মতিক চাই। মাগী উপন্যাসশিং পাবদা মুংঙাই অমসুং পংচাউসু চাউদে অদুগা পংলুম্ব লুদে। মাগী খুৎই

অহৈ-অশিং শাবা য়াওদে অদুগা নীতি তাক্লবা হোৎনবস্থ উদে। মাগী "শ্যামলী" উপন্যাসতা শোইনাইরবী মরোল থোক্তবী নৈশাবী অমনা শোয়বদগী শেরাম্ননা লুহোংতুনা লৌথিবা মপুরোইবনা য়াম্না হুংশিনা লোইনবীবদগী করম্না বুদ্ধি লৌশিং চাওথৎলকপা অমসুং মাগী থম্মোয় মকা লাম্লকপা হায়বদু ফজনা তাকই। উপন্যাস অসি হন্দক্তা নাটক্তা ওন্থোক্তুনা কলকাতাগী সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা মহৌশা থক থোকথিন্রিবা মওংদা য়াম্না মায়পাম্না শাম্নখি।

শ্রীমতী শৈলবালা ঘোষজায়া (পোকপা, ১৮৯৪) ভাগলপুর লেখক কাঙবুদা য়াওরমদে তৌইগুম্বসুং মাগী মমিং ইন্দিরা, অনুরূপা অমসুং নিরূপমাগা লোয়ননা হেক হেক পনম্মিন্নে মরমদি মহাকস্থ হুপী ওইবীগা মিৎয়েংলোমদগী যেংদুনা ইরম্মী; অদুবু মহাক্কী মিৎয়েংফম মথোয়শিং অসিগীগা থরদি থেম্নরম্মী। মহাকস্থ অহানবদা রারী ইবী অমা ওইনা হৌরগা মমৈদা উপন্যাস ইথিরম্মী। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "সেখ আন্দু" গী (মথং মনাও নাইনা ১৯১৫-১৯১৭ তা ফোঙথিবা) রারীগী ঘটনাশিং থৌনাগা ইরোইনৈ হায়বা তাকই। লাইরিক-লাইস্ত হৈরবী অমসুং হৌন-লোনচৎ থঙলবী হিন্দু নৈশাবী অমনা মপাগী গাড়ী থৌবা মুসলমান পাথং অমবু অরেম্বদা হুংশি বগী রারীনি। "মিষ্টি সরবৎ" (অথুম্বা থরনবা মহী, ১৯২০) মুসলমান ইমুং অমগী হুংঙাইরবা রারীনি। "জন্ম অপরাধী" (পোকপদগী লাঞ্জরকবী, ১৯২০) ফজনা ইরবা উপন্যাসনি। শৈলবালা রারীমচাগী লাইরিক তরেৎ নিপান উপন্যাস কুনমরী অমসুং নাটক অমা ইরম্মী।

বুদ্ধি লৌশিং লৈরবা সাংবাদিক রামানন্দ চট্টোপাধ্যাযগী মচানুপীশিং, শ্রীমতী শান্তা দেবী (পোকপা, ১৮৯৪) অমসুং শ্রীমতী সীতা দেবী (পোকপা ১৮৯৫) "প্রবাসী" পত্রিকাগীদমক অতম্বনা রারীশিং অমসুং উপন্যাসশিং ইরম্মী। অঙাংশিংগী ফজ ফজবা রারীশিংসু ইরম্মী। মথোয়গী উপন্যাস "উদ্যানলতা" (নৈকোনগী উরী, ১৯১৯) মচিন-মনাওনা পুম্না ইমিন্নবনি।

"সবুজপত্র" গী ইহান হানবা মশীং সাল ১৯১৪ গী মে থাদা পুথোরম্মী অদুগা চহীসিগী নবেম্বর থাদা মথোয়গী য়েংথিনবা কাঙবুগা থাগী পত্রিকা "নারায়ণ" পত্রিকা পুথোক্লকখি। মতমদুগী কলকাতা হাইকোর্টকী বারগা অফাওবা সদস্য অমা ওইখিবা চিত্তরঞ্জন দাসনা (১৮৭০-১৯২৫) পত্রিক সি পুথোকখিবনি। তৌইগুম্বসুং পত্রিকাসিগী অক-ফক্তা য়েংশিল্লিবদি বিপিনচন্দ্র পালনি (১৮৫৮-১৯৩২)। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা "বঙ্গদর্শন" গী সম্পাদক ওইবা তোকপ্রবগা মতুংদা পালনা সম্পাদক

ওইদৌরম্মী। "বঙ্গদর্শন" সাল ১৯১৩ দা ফোঙবা লেপখিরম্মী। "নারায়ণ" পত্রিকাগী অসিনি হায়বা অকরুবা উদ্দেশ্য অমত্তা লৈরমদে, স্বপ্নগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমস্থং মাগী কাওবুবু শীংনগে হায়বগীদমক্নি। হরপ্রসাদ শাস্ত্রী "নারায়ণ" পত্রিকাগীদমক চাং নাইনা ইবা মীশক্নি। দাসনা কবিতা অত্তুগা পালনা প্রবন্ধ অমস্থং ব্রারীমচা ইরম্মী। নারায়ণচন্দ্র ভট্টাচার্যনা (লৈখিদবা, ১৯২৭) "নারায়ণ" গী মকোক চিংবা ব্রারীমচা ইবনি। মহাক চোকথবা নাইদ্রবা লেখক অমনি; মহাক্না ইরম্বা ব্রারী অমস্থং উপন্যাসকী লাইরিক য়াম্খিদগী হেন্নি। মহাক্না অহানবা ব্রারীগী লাইরিক "কথা কুঞ্জ" সাল ১৯০৭ তা অত্তুগা অহানবা উপন্যাস "দুল পুরোহিত" (শাগৈগী পুরোহিত) সাল ১৯০৯ তা ফোঙলম্মী। ব্রারী ইবা অমা ওইনা মহাক শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গা থরমথৈ চাংদম্নবা য়াই, তৌইগুম্বরং শরৎচন্দ্রগী মতৌগুম্না অনুভূতি, মৈচাক ফবা অমসুং প্রতিভা মঙোন্দা পাওরমদে। থোইদোক্না শীংথানিংঙাই ওইরবা দার্শনিক পণ্ডিত, ব্রজেন্দ্রনাথ শীলগী মচান্নুপী সরযুবালা দাসগুপ্ত ব্রাথল চংবা প্রবন্ধ অমস্থং গদ্য খুৎই চঙবা কবিতা ক্ষাম ম ইরম্মী। মহাকী অহানবা ফোঙখিবা লাইরিক্তি "বসন্ত প্রযান" (বসন্তনা হৌগ্রবদা ১৯১৪) হায়বসিনি। মসি তোযনা থেঙনবদগী ফংলকপা পুরিংগী ঈহৌবু অরাইবা খুদমশিংনা অপান্নবা মীশক অমগীনি হায়বা য়াওদনা ফোঙদোকপা খুৎইনি। মসিগী বাহৌদোক রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইরম্মী। অহানবগীসিগুম্বা মহাকী অতৈ লাইরিকশিংদি, "ত্রিবেণী" (১৯১৫) অমস্থং "দেবোত্তর বিশ্বনাট্য" (লাইশিংমত্তগী হেল্লবা জগৎকী নাট্য, ১৯১৬) হায়বসিনি। অকোনবগীসি চিক্ক শিজিন্নত্নুনা ইবা নাটরি, রবীন্দ্রনাথকী প্রভাব থরা চঙই। লাইরিকসিদা শুনোম্বগা শেনবুমগা অমস্ত শাসন তৌরিবগা শাসনগী মথাদা লৈরিবগা লৈনরিবা মরীদা থোক্লক্নিবা মতমগী সমস্যাশিংবু অপান্নবা ইঙ্গিৎ তৌদুনা তাকই। মহাকী লাইরিকশিংদা মাবু পোকপা মপা দার্শনিক পণ্ডিতকী প্রভাব তরং তরং উবা ফংই।

"নারায়ণ" পত্রিকাগী ব্রাথল চঙনা ইবা লেখকশিংগী মরক্তা হরিদাস হালদার (১৮৬২ ১৯৩৪) হাযবা লেখক অসিস্ত অমনি। মহাক্না পত্রিকাসিগীদমক অচুম্বনি হায়না য়ানরবা থৌদোক ব্রাথোক্না বিষযবস্তু ওইদুনা ব্রারী কয়ামরুম ইরম্মী। অসিগুম্বা ব্রারীশিং মমৈথংদা "মদন পিয়াদা" (শেরীফকী মথাদা থবক তৌবা কর্মচারী, মদন, ১৯১৮) কৌবা লাইরিক মচা অমদা খোমজিন্দুনা ফোঙদোক্লম্মী। হালদারগী অহানবা লাইরিক "গোবর গণেশের গবেষনা" (চম্নদ্রবা মীওই অমগী গবেষনা, ১৯১৬) হায়বসিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদা কক্নিনো হায়বা খঙনীংবমা পোকহনখি অমস্থং

লাইরিককশিংবু ৱাথল লৈবা অপাবশিংনা যাম্না পানথিরম্মী। মশিদা মতমতুগী ওত্তাইজনা য়েংশিন্দবা য়াত্ৰবা সমাজ, রাজনীতি, অচুম অরান বিচার, ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিগী সমস্যাশিংবু লৈনতুনা ইবা প্রবন্ধ তরুকথক যাওই। ইম্বিবা রীতি ইচম চম্মী অমসুং যাওরিবতু করিনো হায়না থিজিন্নীংবা পোকহল্লি, তাঙনা থোক্রবা পুন্নিংগী ভাবপু ফোঙদোকই অমসুং লেথক্ৰা থিজিল্লিবা য়াম্না মমুৎ তাই।

সত্যেন্দ্রকৃষ্ণ গুপ্ত "নারায়ণ" পত্রিকাদা বাস্তববাদনা মুক্কম ওইবা ৱারীশিং হাপ্লম্মী। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা খুৎইসিদা ৱারীমচা অমসুং উপন্যাসনচিংবা মতুং তাথরকপা মতমদা ইবা হৌদোক্লম্বসি ডাক্তর নরেশচন্দ্র গুপ্তনি (১৮৮২)। মহাক্কী অহানবা ৱারীগী লাইরিক "দ্বিতীয পক্ষ" (অনীশুবী মুমংগী ঙুপী, ১৯১৯) হাযবসিদা থোমজিন্দুনা য়াওরিবা ৱারী "ঠানদিদি" (ইবেনবোক) অহানবদা "নারাযণ" দা হাপ্লম্মী (১৯১৮)। ডাক্তর সেনগুপ্ত নৌনা লিংখৎলকপা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়গী ওজা ওইননবা চৎলম্মী। চহী খরা তুংদা মহাক কলকাতা হাইকোর্টতা উকিলগী থবক তৌননবা হল্লক্ৰম্মী, তৌইগুম্বসুং "প্রগতিবাদী" হাযনা মখোব মশানা কৌজবা অনৌবা সাহিত্য আন্দোলন॥ কাওবুগী মহাক্ৰা হুল্লম্বা মফংদি ঢাকাদা অতুম লৈহৌরম্মী। "নারাযণ' দা হাপথিবা ৱারীতুগী মতুংদা মহাক্রা "শুভা" (১৯২০) অমসুং "শান্তি" কৌবা উপন্যাস অনীথক পুথোক্রম্মী। উপন্যাসশিং অসিদা ঙুপা ঙুপীগী মরীদা সমাজদা ফোঙদোকপদা হৌনদবা ৱাযম খরা মমি-শামি ওইনা পল্লম্মী তৌইগুম্বসুং সমালোচক খরগী মফমদি মা॥ খুৎইদু মখোয়বু মৈ হৌনা শাউহন্নবগী চপচাবী খুৎই ওইনা থোকখিরম্মী। মথংগী উপন্যাস "পাপের ছাপা" (পাপকী ছাপা, ১৯২২) অহানবদা "মেঘনাদ" হাযবা মমিংদা পত্রিকা অমদা হাপ-মনাও নাইনা ফোঙথিবা অসিদা ঙুপা ঙুপীগী ফমদিন্নবগী ৱা অমসুং অপবাদতওগী মবমদা য়াম্না থৌনা ফনা ইরম্মী। সিগী মতুংদগীদি ডাক্তর সেনগুপ্ত বাংলা উপন্যাসিকশিংনা ইনরিবা খুাইনা পাম্নবা অমসুং খুদোং থীনিংঙাই লৈত্রবা খুৎইদা অমুক ইবা হৌরক্লম্মী। হৌজিক ফাওবদা মহাক্কী উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাগী লাইরিক যাঙ্খেরোম অমসুং নাটক খরগা পুথোকখ্রে।

গিরিশচন্দ্র ঘোষনা লৈথিদ্রবগী তুংদা নাটক শেমগৎ-শাগৎপদা অমসুং পুথোকপগী মপুথোক্লা অহোং-অরাক অমত্তা লৈরমদে। অতুবু মীযাম্না পাম্নবা অভিনয় তৌতুনা শাম্নথিবা নাটকশিংদা ধর্মগী ৱাদা খরা কোমথোক্লকপা অমসুং নাটক্কী অশাংবদা খরা হুম্বরকপা অসিনচিংবদি উবা ফংই। ডি, এল রাযগী নাটকশিং ম৩ওইনা "নুরজাহান"

( ১৯০৮ ), "শাজাহান" ( ১৯০৯ ) অমস্তং 'চন্দ্রগুপ্ত" ( ১৯১১ ) অহুমসি নাটক পাম্নজবা কোলেজ ছাত্রশিং থরনা রঙ্গমঞ্চদা নিংথি০। শান্নখিবা অসিনা অয়াংবা মথলগী ঐতিহাসিক নাটকী লমদা অনৌবা চৎনবী অমা হৌদোক্লম্মী। মীয়াম্না পাম্নবা নাটক লেংবশিংদি ক্ষীরোদপ্রসাদ বিদ্যাবিনোদ ( ১৮৬৩-১৯২৭ ), অপরেশচন্দ্র মুখোপাধ্যায় ( ১৮৭৫-১৯৩৪ ), নিশিকান্ত বসুবাগ অসিনচিংবসিনি। কলকাতাগী কোলেজ অমগী রসায়নগী অধ্যাপক বিদ্যাবিনোদ অরিব' নাটক খুৎইগী অথোইবা লেখক অমনি, অতুবু মমৈদা ইথিবা মাগী নাটকশিং অনৌবা রীতিসিগা চাননবা ইরম্মী। মহাকী "কিন্নরী" ( হেয়োই, ১৯১৮ ) মতমতুগী সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা শান্নখিবশিংগী মরুংদা মীয়াম্না খ্রাইদগী ইহেন হেন্না পাম্নখিবা গীতি নাট্যনি।

ইংরেজী সাহিত্যগী অধ্যাপব অমস্তং ডি, এল, রায়গী নাটকশিংবু মীয়াম্না পামহন্নবা হোৎনখিবা নহারোল নাট্য পাম্বা কাঙবুগী ময়ুওইবা সদস্য অমা ওইথিবা, শিশির কুমার ভাতুড়ীনা ( ১৮৮৯-১৯৬০ ) সাল ১৯২৪ গী অতুবাইদা প্রয়োগ শিল্পদা থমাঙ চাওশিনবমা থোকহল্লম্মী। সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা অসিগুম্বা যগৎহনবগী থোদোকসি পুশিল্লকপদা মণিলাল গাঙ্গুলি অমস্তং মপন-মপাংশিং কযানা ভাতুড়ীগী মতেং য়াম্না পাংলমী। ভাতুড়ী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "বিচিত্র" গী অধিবেশনশিংদা য়াওরম্মী অমস্তং "ফাল্গুনী" অভিনয় তৌতুনা শান্নবদসু য়েংলম্মী। মহাক প্রযোগ শিল্পগী মরমদা মীগা হমান মান্নদবা জ্ঞান লৈবা মীনি। মরম অসিনা হিবম অসোমদা মহাক মতিকচাবা মীশক অমা ওইরম্মী। ভাতুড়ী ইহান হান্না সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা যোগেশচন্দ্র চৌধুরীগী ( ১৮৮৭-১৯৪৮ ) "সীতা" ( ১৯২৪ ) হায়বা নাটক শান্নবদা অভিনয় তৌতুনা অভিনেতাগী শিনযমদা থোঙদাবা হৌথিরম্মী। নাটক অসি অঙকপা যৎনা মায়পাক্না শান্নখিরম্মী, মসিনা ভারতকী রঙ্গমঞ্চগী ইতিহাসকী থোঙচৎ হোংহল্লম্মী।

## ২৫ শুবা পন্দুপ

# স্বাধীনতাগী আন্দোলনদগী অতোপ্পা পৃথিবীগী লাঙ্গাও অমা ফাওবা

অসহযোগ আন্দোলনগী অহানবা হৌথিবা ঈহৌ অদুগী মতুংদা রাজনীতিগী লমদা হোৎনরকপা থোদো পুন্নমক ভারত্তা লৈরিবা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা আইন অমান্য অমসুং অসহযোগকী আন্দোলন তৌদুনা অদুগা অমুকস্থ করিগুম্বা স্বায়ত্তশাসনগী শ ক থরা ফংবা য়াবা মফমদনা সবকার অসিবু সহযোগ তৌদুনা, ওন্না ওন্নানা চৎথরম্মী। সাধারন মীয়াম মরক্তা রাজনৈতিকী ভাব তারকপা অমসু পোক্লক্লম্মী অমসুং লৈবাকী শিল্পী চাওখৎপগা ফিবম তংতাবা মওংদা লৈরম্মী। খুঙ্গংদা লৈবা মীযাম মরক্তা ইংরেজী শিক্ষা অসুম অসুম শন্দোক্লকপনা মফমদুগী থরায হকচাং ওইবিবা হাযবদি নহারোলশিংনা কলকাতা অমসুং অতৈ অতৈ সহরশিংদা লাক্লম্মী। মসিগী মহৈনা সাহিত্যদা যেংলকপা মীৎযেং অনী থোক্লম্মী। কাঙবু অমনা সহবগী অমসুং সহর মনাকী লমদমদা লৈবশিংগী পুন্সিগী শক্তম ইনবগীদমক শেমশারম্মী। মসিগী কাঙবু অসিদা "ভারতী" অমসুং "নারায়ন" পত্রিকা ইথিবা অহল্লোন বাস্তববাদী লেখকশিং য়াওখিরম্মী। অসিগুম্বা সাহিত্যদা 'আধুনিকতা' পুশিন্দুরিবশিংগী রা ফোংদোরিবা পত্রিকা "কল্লোল" হায়বত্ত সাল ১৯২৩ দা গোকুলচন্দ্র নাগ অমসুং দীনেশরঞ্জন দাস অনীনা হৌদোরম্মী। মসিগী হৌদোকপা ওইনা গোকুলচন্দ্র নাগ, দীনেশরঞ্জন দাস, শ্রীমতী সুনীতি দেবী অমসুং শ্রী মনিন্দ্রলাল বসুনা ইবা রারীমচা মরীথক "ঝড়ের দোলা" (১৯২২) হাযনা কৌদুনা লাইরিক মচা অমা হাযরিবা মখোয মরী অসিনা শেম্বা "ফোর আর্টস ক্লব" কৌবা লাইরিক ফোঙবা কাঙবুসিনা ফোংদোরম্মী। নাগ সরকার শিল্পগী স্কুল ছাত্রনি দাসনা নাটক পাম্বা অভিনেতা অমনি। সুনীতিনা কবিতা অমসুং বসুনা রারী ইরম্মী। মতমদুগী চৎনবী সাহিত্যগী রীতিগী মতুংইন্না "কল্লোল"গী ইরিবা নহারোল লেখকশিং অসিগী রারীশিং চন্নবা যাদবা খুৎইনি হায়না লৌনরম্মী। পত্রিকা অসি ময়াম্না স্তকপাম পাম্নথিদে অমসুং মতুদা ইরিবশিং অত্তস্থ কনানো হাযবা হৌজিক ফাওবা খঙনগ্রি। মরম অসিনা অপাবশিংগী মত কন্নিনো হায়বদুস্থ মতম থরদি আশা তৌনখিদে। তৌইগুম্বসুং লেখক থরনা (নহা য়াম্না ওইরিবা কাঙবু নত্তবা) "কল্লোল" কাঙবুগী মথক্তা চৈতুপ পায়থৎনরম্মী অমসুং মখোয়না ইথিবশিংদু করেম্নদুনা ইবশিং মসি ৷দমক অতম্না ফোঙবা পত্রিকা অমদা ফোঙলম্মী। পত্রিকাশিংগী মমিং "শনিবারের চিঠি" কোই অমসুং ইহান হান্না চহী ১৯২৪ গী নবেম্বরদা চয়োলগী

ওইনা, অদুদগী অমুক থাগী ওইনা ফোঙদোক্লম্মী। পত্রিকাসি অশোক চট্টোপাধ্যায়না হৌদোকখিবনি অদুগা মতুংদনা সজনীকান্ত দাসনা চথহৌই। প্রগতিবাদশিংদু মখিবচানা ফোঙদোকই অদুবু মতুগী যলদি করিস্ত লৈখিদে। অমরোমদনা মসিনা অনৌবা প্রগতিবাদীশিংগী খুৎইবু পারবস্ত পাদ্রবস্ত অকনবা চৈঙাক অমদি পীখিরম্মী। অস্তম তৌরমক্রবদি প্রগতিবাদীশিংগী লাইরিকশিং কনানস্ত থঙনরম্লোই। খুদক্তা "কল্লোল"বু শীংনবা পত্রিকা অনীথক থোক্লক্লম্মী, "কালি কলম" ( ১৯২৭ ) হাযবসিনা কলকাতাদগী অদুগা "প্রগতি" ( ১৯২৮ ) হাযবসিনা ঢাকাদগী ফোঙলকখি।

অনৌবা প্রগতিবাদীশ্রী লেথকশিংনা মথোযগী মচাকশিংদু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদগী ফংলবস্ত মথোযনা হাযবশ্রী মতুংইন্না ভারতকী পরম্পরাগী চৎনরকপী ঐতিহ্যগী মরম খঙলমদে, মরম অসিদগী রবীন্দ্রনাথকী কাব্য রস মপুংফানা খঙবা ঙম্লমদে। নহা ওইরিবা ইংরেজী কবি থরনা রবীন্দ্রনাথকী কবিতাদি নোংপোকলোমগী মওংনি হায়না ইস্থোকখিবা অসিগুম্বা প্রভাব অসিদগী ওইরম্ব গ্রাই। অদুগা মথোয়না রবীন্দ্রনাথ বিরোধী ওইখিবগী অশেংবা মরমদি মথোয়না রবীন্দ্রনাথ অমসুং মাগী লাইরিকশিংবু মুরনিংবগী রাথল অমুক হন্না পোক্লকপননি। উপন্যাসিক ডাক্তর নরেশচন্দ্র সেনগুপ্ত অমসুং কবি অমসুং ওঝা মোহিতলাল মজুমদারনা লুচিংবা প্রগতিবাদী কাঙবুগী ঢাকা শাখাগী লেথকশিংনা রবীন্দ্র সাহিত্যগী মতম লোইখ্রে হাযনা লাউথোক্লম্মী। মরম অসিদগী মথোযগী মতুংইনবশিংনা রবীন্দ্রনাথনা মথোয়গী লম্বীদা অপনব'মা ওইরে হায়বা খোল্লাউনা অমুক থোম্বাং যৈরম্মী। রাথল লৈবা নলিনীকান্ত গুপ্তগুম্বা (পোকপা ১৮৮৯ ) সমালোচকশিংনদি অস্তম্না হায, প্রগতিবাদী কাঙবুগী লেথক থরদি মথোযগী মৌলিক ওইবা ভাব ধারা লৈ অমসুং ফোঙদোরবগী মপাঙ্গলস্ত লৈ। তৌইগুম্বসুং মথোযনা সমস্যা অমসুং পরিবেশ লৈরমদবশিং অদুরদি শেমগৎপা পামদে অমসুং মথোয়না ঐথোযগী পুরিংদা লৈরিবা অমসুং সাংস্কৃতিকী চৎনরকপীগী ব্রাংমদা লৈবা অদুগা চৎনবকপসিগা চুশিন্নদবা ভাব অমসুং আদর্শশিং নমদুনা হাপচিনবা পাম্লমদে। থৎনরিবা কাঙবু অনীমক্না রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদা প্রগতিবাদা অমসুং ঐতিহ্যমুখী হাযরিবা আদর্শ অনাসিংশ্রী মরক্তা মতমতুংশ্রী লৈরিবা বাংলা সাহিত্যদা করম্বা আদর্শনা চুম্বগে হায়বসি হংলম্মী। রবীন্দ্রনাথতা রাফম অদু লুনা থোক্লম্মী। অদুবু মহাক কলকাতাদা লৈবা মাগী যুমগী বিচিত্র হোল হায়বদুদা সভা অমা ফম্নবা কৌনবা য়ারম্মী। কাঙবু অনীমক্কী মীশিং অমসুং অনীদুদা য়াওদবা সাহিত্যিকশিংবু বার্তন তৌরম্নী। ময়ামসিগী সভা অনীবক ফম্নম্মী ( মার্চ, ১৯২৭ )। অহানবা চুমিন্তা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মীফম অদুদা ভাষণ পীরম্মী অমসুং মহাক্না হায়, অনৌ অনৌবা

মওং শেম্বা হায়বদিনা সাহিত্যগী মরুওইবা থৌরম্নি অমস্তুং মতংদা য়াম্ন্রিবা অক্লুনা, মপান্দগী পুন্সিন্নকপা, যানশিন্নরবা, থাগনদগী চৎনরকপা নত্রগা মৌলিক ওইবা ওইনিংবম্মা ওইজসন্ত, অনৌবা মওংসি শেম্বদা মতেং পাংহনগদৌবনি। মহারা লোনগা হৌমিন্নরিবা য়ুরোপকী সাহিত্যগী 'আধুনিকতা' যাওরিবশিং কুপ্না নৈনহুনা তাক্লম্মী অমস্তুং মসিদা যাওরিবা মচাকশিংনা হৌমিন্নরিবা বাংলা সাহিত্যগী মচাক ওইবা য়ারোই হায়রম্মী। মীফমসিগী মতুং তুমিং হুম্রি লৈরগা কম্বা সভাদা মসিগী মরমদা থম্ন-নৈনরম্মী অড়বু অরোইবা রা অমত্তা তানবা ঙম্নমদে। রবীন্দ্রনাথনা তাক্লিবা অমস্তুং পীরিবা বাষ অড়বু প্রগতিবাদীশিংনা পেনবা ঙম্নমদে তৌইগুম্বস্তুং মথোয মতম ঙাইবা ওইনা তুমিন যৈশিন্দুনা লৈরম্মী। মহাকী ভাষণ অসি পীথ্রবা তুংদা রবীন্দ্রনাথনা সাহিত্যগী ধর্মগী মবমদা প্রবন্ধ অমা ইরম্মী ( জুলাই, ১৯২৮ )। ডাক্তর নরেশচন্দ্র সেনগুপ্তনা প্রবন্ধ অসিগী পাউথম ওইনা "সাহিত্য ধর্মের সীমানা" হাযবা প্রবন্ধ অমমক ইরম্মী ( আগষ্ট, ১৯২৮ )। ডাক্তর সেনগুপ্তনা প্রবন্ধ অসিদা রবীন্দ্রনাথ মশামরা সীমানা অড় হেনজিঙ্গরে হাযনা মরাল শীরম্মী। তৌইগুম্বস্তুং মহাক্না পীরিবা মরমশিং অড়দি চহী কযামুক্কী মমাঙদা দি, এল, রায়না হাযথিবা অড়ুগা ইমান মান্নরম্মী। দ্বিজেন্দ্রলাল বাগচীনা মাগী অবোইবা প্রবন্ধ "সাহিত্য ধর্মের সীমানা বিচার" হায়বমা ইরম্মী। মসিদা রবীন্দ্রনাথনা হাযবড় মহারা য়াম্না ইচঙথৌনা শৌগৎলম্মী। ডাক্তর সেনগুপ্তনা মসিগী পাউথুম ওইনা প্রবন্ধ অমমুক ইরম্মী। মসিগী অরাই-অথুম তৌদুনা য়েৎনবসি "বিচিত্র" দা ফোঙলম্মী অমস্তুং রবীন্দ্রনাথনা রাফম অসি মাগী উপন্যাস "শেষের কবিতা" দা মতিকচাবা মরম পীতুনা লোইশিল্লমদ্রবদি অমস্তুং 'গদ্য কবিতা' গী মওং অসিনি হায়তুনা পুথোক্লমদ্রবদি যেৎনবা অসি অরোই-অথম নাইরম্লোই।

লান মতুংগী য়াম্না পেম্নখিদবগী অমস্তুং অসহযোগ আন্দোলনগী থোক্লকপা মহৈদি কবি নজরুল ইসলামগী ( পোকপা ১৮৯৯ ) কবিতাশিং অসিনি। স্কুল ছাত্র ওইরিঙৈ-মক্তদা নজরুল নৌনা শেমগৎখিবা বাঙালী রেজিমেণ্টতা যাওরম্মী অমস্তুং সন্ধি তৌনত্রিঙৈ মমাঙ থা থরা ফাওবা মহাক মেসোপোটেমিযাদা থাখিরম্মী। রেজিমেণ্ট অসিবু লান য়াওননবগী আজ্ঞা অমত্তা পীবমদেদি হাযববু নজরুল লান য়াওবগা চপ মান্নবা মশাদা ফাওখিরম্মী, অমস্তুং অস্নম্না ফাওখিবা অসি মানা তুংদা ইরকপা কবিতাশিংদা কবিত্বগী অনুভূতিগা লোইননা ফজনা ফোঙদোক্লম্মী। রেজিমেণ্ট অসিদা ফরাসী কবিতা পামজবা পঞ্জাবী মৌলবী অমা য়াওরম্মী। নজরুলনা মহাকা লোইননা হাফিজগী কবিতাশিং পাম্নিরম্মী। মসিনা মহাকপু কবিতা ইননবা দীক্ষা

পীথি। মমুমদা হল্লক্লগা (১৯১৮) মহাক্না হাফিজগী কবিতাশিং ফোঙদোক্লনা কবিতা থরা ইরম্মী। মহাক্কী শীংথানবা য়াম্বা কবিতা অনী "প্রলয়োল্লাস" অমসুং "বিদ্রোহ" সাল ১৯২২ গী হৌরকপদা ফোঙলম্মী অমসুং মহাক্কী "অগ্নিবীনা" কৌবা অহানবা কাব্যগী লাইরিক লাল লোইন্দ্রিডৈদা ফোঙলম্মী। লাইরিক অসি মমাঙদা থোকখিদ্রিবা অমসুং থোক্লরোইদোবা হৈনিংবগা লোয়ননা মীয়াম থ্বাইনা ওক্লম্মী। নজরুল "কল্লোল" গী কাঙবুদা য়াওরম্মী অমসুং য়াম্না মিৎ-না শীংলবা অমসুং মচিন থৌরবা কবিতাশিং অমসুং ঈশৈ ইরয়ী। মহাক কবিতাগী অমসুং ঈশৈগী (অতেনবনা মপূং ওইনা) লাইরিক কুনগী মথক্তা অতুগা উপন্যাস অমসুং নাটক থরা পুথোক্লম্মী। মমৈদা ইরকপা কবিতা থরা গাম্না ফজবা য়াওই অদুবু "অগ্নিবীনা" গী মৈ অদুগুম্বদি অমুক হৌখিদ্রে।

নজরুল ভাবোদ্দীপ (ইমোশনেল) ওইবা মীতানি তৌইগুম্বসুং মহাক্কী আবেগ (ইমোশন) মরা চেক্তে অমসুং তয়াং তয়াংই। মহাক্না হকথেঙনলা লোয়নখিবশিংবু মহাক্কী হৈনিংবা মতৌ অমসুং মপুকচেল শেংবদুনা শুমহৎখি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না ইথোরকপা সাহিত্যগী মচাকশিংদি "অগ্নিবীনা" গী কবিতাশিং নত্তনা মঙোন্দা লৈরিবা মগুণতুদগী য়াম্না ৎৈস্থে। কবিতাশিং অসিদা ফোঙদোক্লিবা নজরুল মশাগী অনুভূতিগী থোঙহোনা তদেক তদেকহনবতু মতমদুগী পুথোক্লরক্লিবা কবিতাশিংদা য়াওখিদে। ফারসী অমসুং আরবী লোনগী ৱাহৈশিংবু মফম চানা চানা শিজিন্নবনা মাগী লোন্দাবু তনৌ তনৌহল্লি। নজরুল রাজনীতিদা অমসুং মমৈথংদা ভক্তি ধর্মদা মথৱাই য়াওরম্মী অমসুং মসিনা মাগী কবিতাদা ময়েং তাব'মা থোকহল্লি। "অগ্নিবীনা" গী মতুংদা মহাক্কী থ্বাইদগী ফজবা কবিতা অমসুং ঈশৈগী লাইরিকশিংদি মথোয় অসিনি, "দোলনচাঁপা" (১৯২৩), "বিষের বাঁশি" (১৯২৪), "ভাঙার গান" (১৯২৪), "পুবের হাওয়া" (১৯২৫) অমসুং "বুলবুল" (১৯২৮)।

মোহিতলাল মজুমদার (১৮৮৮-১৯৫২) স্কুলগী ওঝানি অদুবু শিনফম অসিদা মহাক থোইদোক্লা মপুন্নিং নৈতাবা পোকখিদে। মহাক "কল্লোল" কাঙবুদা নজরুলগা লোয়ননা য়াওমিন্নরম্মী। সিগী মমাঙদা মহাক কবিতা থরাদ ইপ্রবনি। মহাক দেবেন্দ্রনাথ সেনগী মরী মতানি অমসুং সেনগী কবিতা পামজবা মীশক অমা ওইনা মহাক্কী সাহিত্যগী পুন্সি হৌরক্লম্মী। মজুমদারগী অহানবা কবিতাগী লাইরিক "দেবেন্দ্র মঙ্গল" (১৯১২) হায়বা অপিকপা লাইরিকসিদা মহাক্না দেবেন্দ্রনাথ সেন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎলি। চহী ১৯১৯ দা মহাক "ভারতী" কাঙবুদা য়াওশিল্লম্মী অমসুং পত্রিকা অসিগীদমক প্রবন্ধ চাং নাইনা ইরম্মী। মহাক্না ইবা কবিতাদা সত্যেন্দ্রনাথ দত্তগী

কবিতাগী ধ্বনি অমসুং ছন্দগী অতোনবা থোনহাইগী মওং মতৌশিংদু ইন্দুনা ইরম্বী অমসুং মসিগী প্রভাব অসিদগী লাপ্তোক্লবা হোৎনরম্মী। নজরুলগী প্রভাবনা থোদো অসিদা মাগী মতেং পাংলম্মী। হৌজিক্তি মহাক্না ফারসীগী রাহৈ-রাতাশিং হাপচিল্দুনা রাহৈশিং শেম্লম্মী অমসুং ইরিবা বিষয়শিংসু ফারসী কবিতাশিংদগী লৌশিন্দুনা ইরম্মী। মজুমদারগী অহানবা শীংথানবা রাবা কবিতাগী লাইরিক "স্বপন পাসারী" (১৯২২) হায়বসিনা মহাকপু শক্তি লৈবা অমসুং তুংগী আশা লৈবা কবিনি হায়না শক থঙনখি। মহাক্না পুন্সিগী লোকপা অমসুং শিবদা য়েংলিবা মীৎয়েং মাগী "অঘোর পন্থী" কৌবা লাল ১৯২০ দা অহানবা পুথোকখিবসিদা য়াওবা কবিতা অমদা শেংনা তাক্লি। মদুদা অমর খৈয়মগী স্বভাব শক থরা য়াওবা উই। "স্বপন পাসারী" ফোঙলকপদা মজুমদার ইখঙ থঙহৌদনা রবীন্দ্রনাথকী কবিতাদা মথরাব য়াওনা পামখিবদু থাদোক-খিরম্মী মসিনা মহাক্না লৈরম্লিবা কাঙবু মঙ্গংদগী মানা চহীদা অহল ওইরবসু "কল্লোল" কাঙবুদা চঙবদা য়াম্না লাইনা থোক্লম্মী।

মহাক্কী অনীশুবা কবিতাগী লাইরিক "বিস্মরনীয়" (১৯২৯) দা য়াওরিবা তোপ তোপ তাবা কবিতাশিং থরদি হান্নো "কল্লোল" দা ফোঙপ্রবনি। কবিনা হৌজিক্তি পুন্সি মপান্থোংগী মগুণশিং অসিনি অমসুং মসিদা হরাওনা লেনগদৌবনি হায়না লৌবা ঙম্মে। মাগীদমক্তি শিরবা মতুংদা জীবগী করিস্ম লৈত্রে হায়বসিনি। 'মোহমুগদর' কৌবা কবিতাদা মহাক্না রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু অসুম্না শীংনৈ—

> য়েংলগা মায় থাঙস্ত না অহিংগী অঙৌবা
> লৈরাংদা, লৃপ্ত না রাথলদা অহাঙবা
> নিংথৌলৈবাক্কী, ইম্বোক্লমগা তুকচ্চবা
> মিনোক্কা নিক নিক চোক্লবা থোম্লাংদু
> পৃথিবীসিগী, মিরাং পূম্বা থদৎলমদুনা
> ঈথৌলাংবা মীগী, চদৎনহল্লিবা নশামকপুসু
> থৌরাং মৈচাক্লা, হে কবিগী মবুংঙো,
> কয়া কুইনবু থমথিগদবা নঙনা
> শিবা নাইবা মীবু থাদোকহন্দুনা
> চিংলিবদুদৈ থোমলেন য়াত্তানিংবগী।

পুন্সিদা য়েংলিবা অসিগুম্বা মীৎয়েং অসি দার্শনিক সন্ন্যাসী সোপেন হাওয়ান্না ইবদৌনা মাগী কবিতা "পান্থ" দা অমুক শেমদোকই। মসিদা কবিনা শিরবা মতুংদা

হিংলিডৈগী প্রান চেতনাগী মওং অমদি অতুম থম্নিংবগী য়াথল ফোঙদোকই। মজুমদারনা কবিতাগী লাইরিক অনী অমগা পুথোক্লম্মী, মখোয়দুদি—"স্বপ্নপসারী" ( ১৯৩৬ ) অমসুং "হেমন্ত গোধূলি" ( ১৯৪১ )। "ছন্দচতুর্দশী" হায়বা সোনেট কবিতাগী লাইরিকসি মহাক্না লৈথিদ্রবা মতুংদা ফোঙলম্মী। ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়দা বাংলা বিভাগকী অধ্যাপক ওইনা চঙলবা তুংদা মহাক প্রগতি কাঙবুদগী থোরক্লম্মী; মতমদুদা কাঙবুসিগী থবক থৌরম ২ য়মক নোংপোক বাংলাগী মতম অমদা রাজধানী ওইরম্বা মফমদুদা হোংখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগোমদা লৈশিনখিদে। মহাকপু নাথৈদুনা থনম্লগা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অধিকারী ওইখিবা মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমসুং বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গোমদা ওনশিল্লম্মী। মহাক সমালোচনাগী প্রবন্ধ কয়ামরুম ইরম্মী অমসুং মমৈদা ময়ামদু লাইরিক ওইনা পোমজিল্লগা ফোঙদোকখি। মখোয়দুদি, "আধুনিক বাংলা সাহিত্য" (১৯৩৬), "সাহিত্য কথা" (১৯৩৮), "সাহিত্য" "বিজ্ঞান" ( ১৯৪২ ) অসিনচিংবনি। মজুমদার য়াম্না চেকশিনবা অমসুং অথাঙকনবা কবিতা ইবা মীশক অমনি। লোন শিজিন্নবদসু য়াম্না চেকশিল্লি। মহাক্না মচোই মচোই ইল্লিবসি মরম অসিদগীনি।

যতীন্দ্রনাথ সেনগুপ্ত (১৮৮৭-১৯৫৪) ইঞ্জিনিয়ারিং গ্রেজুয়েটনি অমসুং মুর্শিদাবাদতা য়েংশিন-খোৎচিনবগী থবক পুবা ইঞ্জিনিয়ার ওইনা থবক তৌরম্মী। মহাক য়ামদ্রবদা চহী ১৯১০ দগী হৌনা কবিতা ইরম্মী অদুবু মাগী কবিতাশিং চহী ১৯২৩ গী মমাঙ ফাওবদি ফোঙদোকখিদে। মানা ইবা লাইরিক অহুমদুদি অসিনি "মরীচিকা" ( ১৯২৩ ), "মরুশিখা" ( ১৯২৭ ) অমসুং "ম।মায়া" ( ১৯৩০ )। মমিংশিং অসিনা পুন্সিবু য়েংলিবা মাগী থোইদোকপা মীৎয়েংদু তাকই। পুন্সিবু মহাক্না বিদ্রোহ তৌবা নত্তে নত্রগা য়াদবসু নত্তে। মহাক্না পুন্নমক পুনশিল্লগা ওইরিবা পুন্সিবু অফবনি হায়না লৌই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না মসিদা থোক্লিবা নীঙবা কায়বা, তৌফম থঙদবা, মায়থীবা, অরা-অনং কয় অসিবু অফবনি হায়না লৌবদি ঙম্নমদে। মহাক্কী শৈরেংদা মেঙনদি তারগা মচিন থৌরবা প্রতিবাদকী খোম্থোক অমা য়াওরিবসি মরম অসিননি। সেনগুপ্তগা মজুমদারগা মনোভাবতা খেন্নরিবা অসি মখোয়না ইবা কবিতা "দুঃখের কবি" হায়বা কবিতাসিদা শেংনা উবা ফংই। মজুমদারগী কবিতা য়াম্না কোম্না ইবনি। মসি সেনগুপ্তনা ইখিবা অদুগী প্রতিবাদনি হায়বসিম্ন শেংনা তাকই।

সেনগুপ্তনা হায়—

মহাক য়াশকপ্রে; থঙই ঐহাক ফংত্রবদি
অশেংবা সনা চৎকনি ঐহাক

লৈত্তে অমত্তা য়াওদনা,
ইশাবু ইশানা মিনল্লোই।
পূজা ভক্তি কৎথিবা শ্রীচরণবু শোক্নুনা
শকপল্লা মহুনা প্রায়শ্চিত ? নাম্বোক্নুনা
চেন্নগা থিংলিবদৈ, চেনশিল্লগা চুমথ্রিং
কলমদা অহুল্লা মুক্তি ?

মখুমদারনা থলি—

মুপা'মনা ফংলবা মুংঙাইবা মিনম শোরিবদা,
চাক চজিক পুখম'মবু ওল্লবা ওইহনবা
অশাবা চাক পুখম, মচা লৈতবী মুপীদা
পোল্লকপা মচাগী মীমুংশি অদুগা হল্লাওরিবা
য়ারগা মচানি হায়না মুংগী মূর্তিদো অঙাং কৃষ্ণগী,
লৈবগে কনা থাগৎলোইদবা মিত্তা
পী তাবমথৈ মানা পেঙ্গবসিদা ? পামগনি
কনানা মহাকপু ব্রাহনবা, কাইহৌহুনা
অমুক মুংশি হৈত্রবা অচুম্ববু তাক্নুনা ?

মতম কুইনা লেপল্লুরবগী তুংদা সেনগুপ্তনা কাব্য লাইরিক অনী অমগা অমুক পুথোল্লম্মী। মথোয়হুদি, "শ্যাম" (১৯৪০) অমসুং "ত্রিযামা" (১৯৪৮) অসিনি। "নিশান্তিকা" (১৯৫৭) হায়বসিনা মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা খোমজিনথিবনি। মহাক্কী অমত্তা ওায়রবা গল্পগী লাইরিক্তি "কাব্য পরিমিতী" (১৯৬০) হায়বা কাব্যগী মরমদা ইবসিনি।

"কল্লোল" পত্রিকা পুথোকমিন্নথিবা গোকুলচন্দ্র নাগ (১৮৯৫-১৯২৫) সরকারগী শিল্প স্কুলগী ছাত্রনি। মহাক মহে তম্বদু লোইহ্রিদ্রিদো তোল্লম্মী। মহাক্না লৈগী দুকান অমা কলকাতাদা ফম্লম্মী। মহাক্কী হৈনবী শাজৎ অমসুং মরমচৎ অদুগা জীবিকাগী থোদো অসিনা মহাক শিল্পীমুলভপু পামজবা মীশক অমনি হায়বসি তাকই। দীনেশরঞ্জন দাশকী (১৮৮৮-১৯৪১) মতেংনা মহাক্না সাল ১৯২৩ মে থাদা থাগী ফোঙবা পত্রিকা "কল্লোল" ফোঙবা হৌখিরম্মী। চহী চুপ্পা ফোঙদুনা লৈম্বিদ্রৈ অসিদা পত্রিকাসিনা বাংলা সাহিত্যগী অনৌবা প্রগতিগী আন্দোলন অসিগী মরুওইবা মুখপত্র ওইরম্মী। "কল্লোল" ফোঙবা হৌগৎলকপা মতমসিদা "ভারতী" শিরুম-নারুম তৌনা লৈরম্মী অমসুং "সবুজপত্র" না চাং নাইনা ফোঙলমদে। মখিং চৎলবা অরিবা অমসুং

অনৌবা পত্রিকা পুন্নমক চহী ১৯২৭ লোইহৈঙে ময়কসিদা যোঙবা লেপ্লখিরম্মী। নাগনা লৈখিদ্রবা মতুংদা "কল্লোল" পত্রিকাগী অশিন অরাং দাশনা তৌরম্মী।

নাগকী অহানবা খোঙহৌদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "লিপিকা" গী মওংদা ৱারী মচা মচা ইবা অসিনি। মখোয়শিংদি "প্রবাসী", "ভারতী" অমসুং অতৈ অতৈ পত্রিকাশিংদা ফোঙদোকপী অমসুং "রূপরেখা" (১৯২২) কৌবা লাইরিক্তা খোমজিল্লম্মী। মহাক্কী মপুং ফারবা খুৎইদা ইবা ৱারীশিং মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা "মায়ামুকুল" (১৯২১) হায়না কৌবা লাইরিক্তা খোমজিল্লম্মী। মহাক্কী খ্বাইদগী ফজবা লাইরিক্তি "পথিক" (১৯২৫) কৌবা উপন্যাস অদুনি। মসি মথং মনাউ নাইনা "কল্লোল" দা ফোঙপ্রবনি। মসিগী ৱারীসি মথং মনাউ নাইবা ৱারীগী মওংদু নত্তে তৌইগুম্বসুং মসিদা য়াওরিবা পুন্সিগী মমি-শামিবা শক্তম্ লৌশিন্নবা হোৎনরিবা অমসুং লেখক্কী অরাইবা অমসুং থিজিন-হুমজিনবগী মিৎযেং য়াওবা খুৎই অসিনা অনৌবা মথল অমগী উপন্যাস অমসুং পাবদা মতিকচাবা লাইরিক অমা ওইহনখি।

দীনেশরঞ্জন দাস ৱারীমচা থরা ইরম্মী, মখোয়দুগী মরক্তা মঙাথক্তি "মাটির নেশা" (১৯১৮) অমসুং "ভুঁই চাপা" (১৮২৫) কৌবা লাইরিকশিংদা ফোঙদোকপী। দাশ নাটক পামজবা অভিনেতা অমা ওইরম্মী অমসুং নাট্যগা মরী লৈনবা থবকশিংদা মথৱায় য়াওরম্মী। পত্রিকা যোঙবা লেপপ্রবা তুংদা মহাক জীবিকাগীদমক সিনেমা-ৱোমদা চঙখিরম্মী।

মনীন্দ্রলাল বসু (পোকপা ১৮৯৭) কবিতা ইবদা মপুরিং চঙবা ৱাৎলি অমসুং "ভারতী" কাওবুগী আবেগময় ওইবা কাল্পনীক ভাবকী খুৎইরোমদা চঙখিরম্মী। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "রমলা" (১৯২৩) লাইরিক লাইশু হৈরবা অমসুং চাওখৎলবা সামাজিক অবস্থানা লৈহৌফম ওইদুনা ইবা হুংশি-হুংওনগী ফজরবা ৱারীনি। মসিনা নহা ওইরিবা উপনাস ইবশিংদা অকনবা প্রভাব পীরম্মী। বসুগী সাহিত্য জীবন ৱারীমচা ইদুনা হৌরকপী অমসুং ৱারীমচাশিংনা মহাকপু খ্বাইদা লেখক অমা ওইনা শকখঙনখি। মহাক্কী ৱারীমচাগা লাইরিক কয়ামরম ফোঙলম্মী, মখোয়দুদি, "মায়াপুরী" (১৯২৩), "রক্তকমল" (১৯২৪), 'সোনার হরিন" (১৯২৪), "কল্পলতা" (১৯৩৫), "সহযাত্রীনি" (১৯৪১) অসিনচিংবনি। মহাক্কী অতৈ উপন্যাসশিংনা "অজয়কুমার" (১৯৩২) অমসুং "জীবনায়ন" (১৯৩৬) হায়বশিং অসিনি।

শৈলজানন্দ মুখোপাধ্যায় (পোকপা ১৯০০) নোংচুপ বঙ্গগী কয়লা খনিগী শহর অমদা কাজী নজরুল ইসলামগা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি অমসুং চান্না তিন্নদুনা

হৌরকপনি। মুখোপাধ্যায়স্থ মাগী মরুপকা লোয়ননা বাঙালী রেজিমেন্টতা য়াওনবা চেনখিরম্মী। মাগী অভিভাবকশিংনা মহাকপু কলকতাদা থেংনখিরম্মী অমস্থং মমুমদা ফাত্থনা পুররম্মী। নজরুলনা মেসোপোটেমিয়াদগী হল্লরুবা তুংদা মুখোপাধ্যায়না মহাক্কা লোয়ননা সাহিত্য ইত্থনা অত্থম লেনমিন্নরম্মী। স্কুলদা লাইরিক তম্লিন্ডো মুখোপাধ্যায় পত্ত ইবদা হৈনরম্মী অত্থগা নজরুলনা গত্থদা। অত্থবু হৌজিক্কি অনীত্থ মনীং-মমাং ওন্নখ্রে। মুখোপাধ্যায়না ৱারীমচা ইবা হৌখ্রে অত্থগা নজরুলনা কবিতা ইরে, মখোয়না অহৌবদা ইখিবশিংদু "বঙ্গীয় মুসলমান সাহিত্য পত্রিকা" (১৯২১) হায়রবসিদা ফোঙদোরুম্মী; মুখোপাধ্যায়না অহানবা ইখিবা ৱারীশিং "আমের মঞ্জরী" (১৯২৩) কৌবা লাইরিকসিদা খোমজিন্দুনা পুথোরুম্মী। মসিগী ৱারী অনীথক্কা মুসলমানগী মুখান পুন্সিগী শক্তম অমা নিংথিনা উৎলম্মী। অসিগী মতুংদা য়াম্না থুনা অশাংবা ৱারী নত্রগা উপন্যাস মচা অনীথক (হাসী অমস্থং লক্ষ্মী কৌবা) পুথোরুম্মী; মসিগী ৱারীশিং অসিদা কলকাতাদা লৈরিঙৈগী মাগা থেংনখিবা থৌদোক্কী শরুক থরা য়াওরি। মসিদা থেংনখিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অসি মাগী মমৈথংদা ইখিবা "ধ্বংসপথের যাত্রী এরা" গুম্বা ৱারীশিংদা য়াম্না ময়েকশেংনা অমস্থং শাফুকন্না ফোঙদোকই।

মুখোপাধ্যায়না অহানবদা অপাবশিংদা মাগী মশক তাকখিবসি মানা লৈরিবা শহরগী মনাক্কা তারিবা কয়লা থনিগী শিন্নৗশিংগী পুন্সিবু তাক্তুনা ইবা ৱারীমচাশিং অত্থননি। মখোয়সিগী মরক্তা "প্রবাসী"দা ফোঙখিবা "রেজিং রিপোর্ট" (মার্চ ১৯২৩), "বলিদান" (এপ্রিল ১৯২৩ দা হায়রিবা পত্রিকাসিদা ফোঙখিবা), "মা" "কল্লোল" দা (এপ্রিল, ১৯২৩) অমস্থং "নারীর মান" হায়বসিস্থ "কল্লোল"দা (মে, ১৯২৩) ফোঙখিবশিং অসিনি। অসিগুম্বা ৱারীশিং অসি "কল্লোল", "প্রবাসী", "বঙ্গবানী" অমস্থং "বিজলী" পত্রিকাশিংদা সাল ১৯২৫ ফাওবা লেপ্তুনা ফোঙলম্মী। "কয়লাকুঠি" (১৯৩০) অমস্থং "দিনমজুর" (৯৩১) কৌবা লাইরিকশিং অসিদা খোমজিন্দুনা য়াওখ্রবা অসিগুম্বা ৱারীশিং অসিনা বাংলা সাহিত্যদা অথোকপা থৌদোকমক্কা মান্ননা ফোঙদোকপা অমস্থং পুন্সিগী হকচিন্নবা অরা-অনাগী মশকপু ফজনা উৎপগী অনৌবা মতাং অমা থোকহনখিবতা নত্তনা ইহান হান্না অকরবা লমশক অমগী ওইনা ইবা উপন্যাসকী থুংগী চংনবী অমস্থ হৌদোরুম্মী। মাগী থুংইগী থাক অসি মুখোপাধ্যায়না তুংদা ইরকপা মাগী ৱারীশিংদা চপচানা লেংহন্দনা থল্লম্মী। ৱারীগী ঘটনাশিং মশানা থেংনরকপশিংদগী শেমগৎলি অমস্থং থেংনরকপশিং অত্থ চপচানা থম্মী, ভাবনা শাজিনবা অমত্তা হাপতে। লেখক্কী ৱাথন্না ঘটনা অমস্থং ঘটনাশিংদুবু ফোঙদোক্লিবা মফোঙদোক্কা অনীগী মরক্তা থক থেংপা তৌদে। "অতসী" (১৯২৫), "নারীমেধ"

( ১৯২৮ ), "বধুবরন" ( ১৯৩১ ), "পৌষ-পার্বন" ( ১৯৩১ ), "সতী-অসতী" (১৯৩৩)' "নারীজন্ম" ( ১৯৩৪ ) হায়বা মুখোপাধ্যায়গী রারীমচা অমসুং রারীশিংগী লাইরিক ওইনা খোমজিন্নবশিং অসিদা থ্বাইদগী ফজরবা রারী কয়া য়াওরি। মহাক্কী উপন্যাসশিং নত্রগা উপন্যাস মচা হায়নসু কৌবা য়াবা, খুদম ওইনা, "মাটির ঘর" ( ১৯২৩ ), "বারো হাওয়া" ( ১৯২৩ ), "জোয়ার ভাটা" ( ১৯২৪ ], "অনাহুত" [ ১৯৩১ ], অনিবার্য [ ১৯৩১ ] হায়রিবশিং অসি শোস্তক তাই। তৌইশুবসুং "ষোলো আনা" [ ১৯২৫ ] হায়বা উপন্যাস অসিদি মখোয়সিদগী তোপ তোপ তাই। মসি থ্বাইনা সাধারণ ওইনা খঙনরিবা উপন্যাস হায়বদুদি নত্তে মসিনা ইস্লিবদি উমং লাইশিংগী চহীগী থোকপা ঈরাৎ পূজাদা ম ্ং ওইরগা নোংচুপ বঙ্গী খুঙংগী য়ায়া তুরুচনিংঙাই ওইরবা, চুমদি চুম্বা অমসুং তকথোক-নাম্থোক্তুনা শেমগ্রবা অমসুং হেন্নসু হায়জিনবা য়াওরবা, পুন্সিগী মতৌ অদুনি।

বাস্তববাদকী রারীমচা ইবা অমা ওইনা জগদীশচন্দ্র গুপ্ত ( ১৮৮৬ ১৯৫৭ ) গী মমিং শৈলজানন্দ মুখোপাধ্যাযগীগা লোইননা মীয়ায়া খঙনৈ। লেখক অনিমক পুন্সি অমসুং পুন্সিদা থেংনরকপশিং অদুদগী রারী শেম্মী তৌবগীদি মুখোপাধ্যায়গী রারীনা অব্যক্তিগত ওইবা অমসুং আবেগকী ইহুন হায়ফেৎ চঙবগুম তৌই অদুগা গুপ্তগীনা ফাওরকপদু ইত্তেক তেক্কা অমসুং ফাগী-ফারাং থরদং হাপচিল্লগা হেক্কা পুথোকপা অসিনি। গুপ্তগী সাহিত্য জীবন হৌখিবসি গোবিন্দচন্দ্রগী থৎইগী মওং লৌদুনা কবিতা ইদুনা হৌরম্মী অমসুং মযাম অসি পুন্না "অক্ষরা" কৌবা লাইরিক অমদা খোমজিনখি অদুবু মাগী কবিতাশিং মতম শাংনা গীতি কাব্য ওইখিদে। গুপ্তগী অহানবা রারীমচা 'পেয়িং গেষ্ট' অমসুং মথংদা ইবা রারীমচাদু গা 'বিজলী' পত্রিকাদা ফোঙলম্মী (১৯২৫)। মথং রারীমচাশিং "কালি কলম" ( ১৯২৬ ) "কল্লোল" অমসুং "বঙ্গবানী" পত্রিকাশিংদা ফোঙলম্মী। মহাক্কী থ্বাইদগী শীংথানবা য়াবা রারীমচাশিংগী অহানবা লাইরিক্তি "বিনোদিনী" ( ১৯২০ ) হায়বসিনি। মহাক্কা রারীমচাগী লাইরিক নিপান মাপল্লোম পুথোক্লম্মী, মখোয়দুদি, "রূপের বাহিরে" ( ১৯০৯ ), "শ্রীমতী" ( ১৯৩০ ), "গতিহারা জাহ্নবী" ( ১৯৩৫ ), 'শশাঙ্ক কবিরাজের স্ত্রী" ( ১৯৩৫ ), "পাইক শ্রীমিহির প্রমাণিক ( ১৯৪০ ), "মেঘাবৃত অশনি" ( ১৯৪৭ ) অসিনচিংবসিনি। মহাক্কা অশাংবা রারী নত্রগা উপন্যাস মচা তরানিথোইদগী হেন্না পুথোক্লম্মী, মখোয়দুগী মরক্তা থয়া পনবা তারবদি মখোয়সিনি, 'অসাধু সিদ্ধার্থ" ( ১৯২৯ ), "মহিষী" ( ১৯২৯ ), "দুলালের দোলা" ( ১৯৩১ ), "রোমন্থন" (১৯৩১) অসিনচিংবনি। গুপ্তগী রারীমচাশিংদি কা হেন্না বাস্তব ওই অমসুং করি করিগুম্বদা তমথিনা উই। রারীমচাশিং

থরদা রাখল চোইরবা মীগী মথোং চাদবা শাজৎ উৎলি অমসুং অসিগুম্বা রারীশিংদা গ্রীকী অরাবগা খোঙলোইনবা রারীদোনা শাফু কররবা অদৃষ্টবাদকী থোদোনা কুপশিল্লি। মাগী অশাংবা রারীগী নত্রগা উপন্যাস মচাশিংদা নৈনরিবা বিষয় অমুম্না হাপ্পসি মরুম চাদে অমসুং মথোয়শিং অসিদি করিগুম্ব'মা শন্দোক্লবগীদমক শিজিন্নবা ওইনা তৌই অমসুং রাফম অসি লেখক্না থঙদবা নত্তে। মরম অসিনা মহাক্না "দুলালের দোলা" গী রাহৌদোক্তা মহাক্না ইরিবসি উপন্যাস ওইদনা চুম্নগী প্রবন্ধ ওইনা লৌথিবদা মহাক করিমত্তা ওক্লিংঙাই লৈতে হায়না ইরি।

বিভূতিভূষন বন্দোপাধ্যায ( ১৮৯৯-১৯৫৯ ) সাল ১৯২২ দগী হৌনা "প্রবাসী" পত্রিকাদা রারীমচাশিং ইদুনা ফোঙথি। তৌইগুম্বসুং মহারা ইবা "পথের পাঁচালী" ( ১৯২৯ ) হাযবা উপন্যাস অসি "বিচিত্র" পত্রিকাদা ফোঙলকত্রিঙৈ মমাঙদদি মাগী রারীমচাশিং অসিনা অপাবশিংগী মপুরিং চিংশিনবা ঙমখিদে। অরিবা ভাগলপুর কাঙবুগী "সদস্ত অমসুং রাজপাঠ" ( ১৯২৫ ) অমসুং অতৈ উপন্যাস কয়া অমসুং রারীমচাশিং ইথিবা শ্রীউপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়না "বিচিত্র" পত্রিকাগী সম্পাদক ওইরম্মী। বন্দোপাধ্যায় মশাগী অশেংবা পুন্সি রারীদগী লৌথোক্লুনা ইবা অসিগুম্বা থোইদোক্লা চঙথোক্লবা লাইরিক অসিগা অমসুং মসিগী তুংদা পুথোরকপা "অপরাজিত" ( ১৯৩২ ) পুকচেল তিংবগী তাংনা থোক্লবা থোদোদা অমসুং থংোয় শেংনা ইথোক্লম্মী মতুদি কনাগুম্বা আবেগ লৈবা অপাবশিংনা মতুব পারুবদা মথোয়গী থম্মোয়দা কাউগ্রবা রাফম নিংশিংহনবা লেথক্কীদমক হুংশিবীবা রাখল পোকহনখিরম্মী। মসিগী মমাংদা বন্দোপাধ্যাযনা ইথিবা রারীশিং থরম মাগী থুৎইদা যাওরিবা ফজবদু মতুম মতাকই। মথোয়সিগী মরুংদা "উমারানী" ( ১৯২২ দা অহানবা ফোঙথিবা ) অমসুং পুইমাচা ( ১৯২৫ দা অহানবা ফোঙথিবা ) অসিনচিংবসি মমিং পনবা য়াই। মথোয়সিগা অমসুং মমৈদা ইথিবা রারীমচাশিংগা থোমজিন্দুনা লাইরিক তরানীথোইদগী হেন্না ফোঙলম্মী, মথোয়দুদি, "মেঘমল্লার" ( ১৯৩১ ), "মৌরীফুল" ( ১৯৩২ ), "যাত্রা বদল" ( ১৯৩৪ ) অসিনচিংবনিনি। বন্দোপাধ্যায়গী উপন্যাসশিং মশীং পংথাম য়ামদবা নত্তে; মথক্তা পনগ্রবশিং অসিগী মথক্তা মথাদা ইরিবশিং অসিমু মাগানি; "দৃষ্টি প্রদীপ" ( ১৯৩৫ ), "আরন্যক" ( ১৯৩৮ ) "আদর্শ হিন্দু হোটেল" ( ১৯৪০ ), "বিপিনের সংসার" ( ১৯৪১ ), "দেবযান" ( ১৯৪৪ ), "ইছামতী" ( ১৯৪৯ ) অসিনচিংবা। বন্দোপাধ্যায় চীং-মান অমসুং উ-রা হৈপাল লৈপালবু হুংশিবা মীনি অমসুং "আরণ্যক" উপন্যাসনা মসিগী মরমদা ফজনা ইরি। মহাক ভাবোদ্দীপক ওইবা অমসুং ঈশৈ-নোংমাইগী রস মশাদা রাওবা মীশক্লি অমসুং অধ্যাত্মিক ভাব অমসুং

প্রেক্ততত্ববু পাম্লম্মী। মসিগী মতৌ মাগী অকোনবদা ইরকপা উপন্যাসশিংগী ত্রা মংই।

বিভুতিভূষণ মুখোপাধ্যায়না ( পোকপা ১৮৯৬ ) হৌগৎলকপদা ইথিবা ৱারীমচা অমা "প্রবাসী"দা লাল ১৯২৩ দা ফোঙদোক্লম্মী। মতম অতুদগী হৌনা মাগী ৱারীমচাশিং অতোপ অতোপ্পা পত্রিকা কয়াদা ফোঙথিরম্মী অমসুং মথোয়শিংসি লাইরিক কয়াদা খোমজিন্দুনা পুথোকখি, মথোয়দুদি, "রাণুর প্রথম ভাগ" ( ১৯৩৭ ), "রাণুর দ্বিতীয় ভাগ" (১৯৩৮), "রাণুর কথামালা" (১৯৪১), "হাতে ঘড়ি" (১৯৪৭) অসিনচিংবসিনি। মুখোপাধ্যায় উপন্যাস অমসুং নাটক কয়ামরুম ইরম্মী। মাগী ৱারীমচাশিং ইরাং য়াংনা অমসুং ফাগী-ফারাং তৌদুনা ই অমসুং মীনা য়াম্না পাম্মে।

য়াম্না তেম্না ইবা অমসুং গীতিগী নত্রগা গত্ত কবিতাগী মচুংদসু চন্দবা অমসুং চানবা পুন্সিগী মপাঙ্খোংদা থোক্লিবা পিক্ক পিক্কবা থৌদোক কয়াবু উত্তুনা ইবা ৱারীমচা ইবগী থুৎই মওং রবীন্দ্রনাথ মৈত্রনা ( ১৮৯০-১৯৩৩ ) য়াম্না মায়পাক্না শিজিন্নরম্মী। মানা হিংলিঙৈদা মাগী ছদ্মনাম দিবাকর শর্ম্মা হায়না থঙনরম্মী। মহাক্না অহানবা ইবা অমসুং মাগী থ্রাইদগী ফজবা ৱারীমচাশিংগী মচুং চনবা অমদি 'থার্ডক্লাস' হায়বসিদা রেল তোংদুনা থার্ড ক্লাসতা ক্রক ক্রক ইন্নদুনা চৎপা থোঙচৎকী মতৌবু ফজনা ইরি; মসি "বিজলী" দা ( ১৯২৫ ) ফোঙলম্মী। মহাক্কী ৱারীমচাশিং লাইরিক তরেৎথক্তা খোমজিল্লম্মী, মথোয়দুদি, "থার্ডক্লাস" ( ১৯২৮ ), "বাস্তবিকা" ( ১৯৩১ ), "উদাসীর মঠ" ( ১৯৩১ ), "দিবাকরী" ( ১৯৩১ ), "ত্রিলোচন কবিরাজ" ( ১৯৩৩ ) অসিনচিংবসিনি। মহাক্কী ফাগীগী নাটক "মন্ময়ী গার্লস স্কুল" ( ১৯৩২ ) নাট্য পামজবশিংনা রঙ্গমঞ্চদা শান্নবদা মীয়াম্না মতম শাংনা পাম্নখি।

কেদারনাথ বন্দোপাধ্যায় ( ১৮৬৩-১৯৪৯ ) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পত্রিকা "বালক" ( ১৮৮৫ ) হায়বদুগী প্রবন্ধ ইবা অমনি, তৌইগুমসুং মহাক চহী কুনলোম প্রবন্ধ ইবা লেপথিরম্মী। মহাক সরকারগী চাকরী তৌরম্মী অরাং ভারতকী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদা মাগী থবক মফম তারম্মী। মহাক চীনাদসু থারম্মী। থোঙচৎ অসিগী মরমদা মহাক্না ইবা প্রবন্ধশিং চীনাদা লৈরুবা অমগী চিঠি অমওম্না "ভারতী" দা ফোঙলম্মী ( ১৯০৩-০৪ ), সিগী মতুং ফনা কুইনা লৈরগা মসি অমুক "চীন যাত্রী" ক্রৌদুনা লাইরিক অমা ওইনা ফোঙদোরলম্মী ( ১৯১৮ )। অদুর মহাক্না ইহান হায়না ইথিবা লাইরিক্তি ফাগী-ফারাং তৌদুনা নোরিংনবা ইরা কাশীদা লেপ্লিবা পুন্সি মচেন অদুগী মরমদা ইবা "কাশীর কিঞ্চিৎ" ( ১৯১৫ ) হায়বদুনি। ৱারীমচা ইবা ওইনা

বন্দোপাধ্যায় অহানবদা মাগী রারী 'কবুলতি', "কালি কলম" পত্রিকাদা ফোঙদোক্নুনা ইবা হৌরম্মী (১৯২৭)। মতুংদা মহাক "ভারতবর্ষ" পত্রিকাগী চাংনাইবা প্রবন্ধ ইবমা ওইরম্মী। বন্দোপাধ্যায অয়াংবা মথলগী উপন্যাস অমসুং রারীমচা ইরম্মী, মসিনা সাধারণ অপাবশিংনা যাবু পাম্বরম্মী। মানা শিভিম্নরিবা লোন্দি কলকাতাদা চৎনবা অরিবা গ্রাম্য-ভাষা জাৎ অতুনি, অতুম্নদি ওইরগা লোন্দাশিং অতু লৈবাকমচা তাবা তাদবা থিদনা য়াম্না নাম্না অমসুং পাবদা হুংঙাইবা পোকহন্দ্রা ইরম্মী। মহাক্কী উপন্যাসশিংদা য়াম্নবস্ত য়ামদ্রবস্ত ফিরল্লতুনা হুংঙাইবা রারী-রাক্তাই শাংনা শাম্নবগী অমসুং অরাই অথম তৌনবগী মওংদা ই। মথে য়গী মরক্ত খরদং পনবা তারবদি "কোষ্টীর ফলাফল" (১৯২৯) অমসুং "ভাদুড়ী মশাই" (১৯৩১) অসিনচিংবসিনি। মাগী রারীমচাশিং যাম্না হেন্না মমল লৈবা লোক্কনি। মখোয়শিং অসি লাইরিক কয়ামরুমদা খোমজিল্লম্মী, মখোযদুদি, "আমরা কি ওকে" (১৯২৭) "কবুলতি" (১৯২৪), "পাথেয়" (১৯৩০), "দুঃখের দেরালী' (১৯৩২) অসিনচিংবসিনি।

রাজেশ্বর বসু (১৮৮০-১৯৬০) বাংলা লোনগী নোরিং রারী ইবা থৄাইদগী ফবশিংগী মরক্তা অমনি অমসুং মহাক ইংরেজী লেখক জেরোম কে জেরোমগা চাংদম্নবা য়াই। বসুগী রারীশিং যতীন্দ্রকুমার সেন্না য়েক্লম্মী। প্রভাতকুমার মুখোপাধ্যায়না সম্পাদন তৌবা "মানসী ও মর্মবানী" কৌবা পত্রিকাদা সেনগী কলম অমসুং মুক্না য়েকপা লাই অমসুং ছায়ামূর্ত্তি য়াম্না য়েংনিংবা পোকহল্লি। সেননা য়েকপা লাইশিং উরুবদগী বসুগী পুক্নিংদা রারীমচা ইনিংবমা পোকহনখি। মানা অহানবদা ইবা থরমথৈ "ভারতবর্ষ" দা ফোঙখিরম্মী অমসুং অইবা লেথক্কী মমিং থাদবা "বিরিঞ্চি বাবা" হেক ফোঙদোরকপদা মিং পন্দবা লেখক অতুগী মাযপারা ইবা থৎইত্ত থৄাইনা থঙনখি। মথংদা পুথোক্লকপা, (ফোঙবনা মাগী অশাবা মমিং (ছদ্মনাম) পরশুরামগী মিংদা ফোঙখিবশিং) অতুনা মাগী মিংচৎ হেঙ্গৎহল্লম্মী অমসুং মহাকপু লোন অসিদা থৄাইদগী ফজবা লাইরিক ইবশিংগী মতং চলহনখিরম্মী। বসুনা ঐখোয়গী ময়ায় চম্না লৈরিবা সমাজসিগী মীওইশিংগী তৌশিম্নবা অমসুং কাম্নদ্রবা মতৌশিংবু নোরম্মী তৌইঙুমসুং নোক্নবহুনা কনাবুম্ন মথরায়দা হুংঙাইতবদি পোকহনখিদে, হুংঙাইবতুম পোকহল্লম্মী। বসুনা নোরিংনবা ইবা রারীগী লাইরিক কয়ামরুম ফোঙদোরম্মী, মখোয়দুদি, "গড্ডালিকা" (১৯৮৪), "কজ্জলী" (১৯২৭), "হনুমানের স্বপ্ন" (১৯৩৭), "কৃষ্ণকলি" (১৯৫৩) অসিনচিংবনি। বসুনা রাথল চঙবা প্রবন্ধ

কয়ামরুম "লঘুগুরু" ( ১৯৩৯ ) অমসুং "বিচিন্তা" ( ১৯৫৬ ) কৌবা লাইরিকশিংদা থোমজিন্দুনা পুথোক্লম্মী।

প্রবোধকুমার সান্যালগী ( পোকপা ১৯০৭ ) অহানবা ইবা রারীমচাশিংগী মঙ্গদা অমথক "কল্লোল" দা ফোঙলম্মী। অসিগী মতুং থা থরা লৈরগা শৈলজানন্দ মজুমদার, প্রেমেন্দ্র মিত্র অমসুং মুরলীধর বসুনা হৌদোকখিবা "কালী কলম" "কৌবা পত্রিকাগী মহাক শীংথানরবা রারীমচা ইবমা ওইরম্মী। মসিগী রারীমচাশিং অমসুং নক্সাশিংসি "নিশিপদ্ম" কৌবা ( ১৯৩১ ) লাইরিক অমদা পুল্লপ থোমজিল্লম্মী তৌইগুদবসুং মহাক্কা অহানবা ইবদি "যাযাবর" ( ১৯২৮ ) কৌবা উপন্যাসচুনি। মসিগী তুংদা "কাজললতা" ( ১৯৩১ ), "কলরব" ( ১৯৩২ ) অসিনচিংবা পুথোক্লম্মী। সান্যাল লমকোয়বগী রারীশিং ইবদনা হেন্না মুংঙাইজে, মথোয়সিগী মঙ্গদা "মহাপ্রস্থানের পথে" ( ১৯১৩ ) হায়বচু পনবদা মতিক চাই। পানিংবা পোকহনবা তরু তরুবা তনান তনানবা সান্নালগী থুৎইনি। মহাক মাগী রারীমচাশিং অমসুং উপন্যাসশিংদা মপুন্নিংদা অরা-অনা লৈতবা অমসুং ম্রমকপু চিথদনা উঙবা মিৎয়েংদা য়েংবা মীশক ওইনা লৈ।

মথোয়ন সাহিত্য জীবনগী অহানবা হৌগৎলকপা তাপ্তাদা অনৌবা প্রগতিবাদী-শিংবু যানিংদবশিংনা মরাল শীথিবা প্রেমেন্দ্র মিত্র, অচিন্ত্যকুমার সেনগুপ্ত অমসুং বুদ্ধদেব বসু অহুমসিনা মথোয় অহুমগীতা ওইবা কাঙবু অমা শেমগৎলম্মী। মথোয় অহুমসিগী ইমান মান্নবা লক্ষন অমা লৈ, মথোয় অহুমক ইবা হেক হৌগৎখিবদগী গদ্যদা থঙদে পদ্যদা থঙদে থুৎমান্নবা থুৎলোইনা ইবা ঙম্মী অমসুং সেনগুপ্ত নত্তনা মতুং ফাওবদা হেন্না হেন্নচুম থুৎলোইননা ইবা ঙমখি হায়বসি মথোয়না ইরিবশিং অতুনা তাকই। অহুমসিনা পুন্না ইমিন্নচুনা উপন্যাস অনী পুথোকখি।

প্রেমেন্দ্র মিত্র ( পোকপা ১৯০৪ ) "কালি কলম" পত্রিকাগী সম্পাদক মণ্ডলগী চহী অনী চুপ্পা সদস্য ওইরম্মী ( ১৯২৬-২৮ ) অমসুং পত্রিক সিদা মহাক্কী থাইদগী ফজবা কবিতা অমসুং রারীমচাশিং থরা ফোঙদারম্মী। অসিগী মমাঙদা "প্রবাসী"দা, মপুংওইনা "বিজলী" কৌবা চযোলগী যেংবা পত্রিকাদা অতুগা মতুংদনা অজিত দত্ত অমসুং বুদ্ধদেব বসুনা সম্পাদক ওইবা ঢাকাগী ফোঙবা "প্রগতি" হায়বা পত্রিকাদা মহাক্কী প্রবন্ধ কয়ামরম হাপ্রমী। মহাক্কী থাইদগী হান্না ইবদি 'পাঁক' কৌবা ( ১৯২৭ ) কলকাতাগী থুঙ্গংদা লৈবশিংগী মুখান পুন্সিগী অমোৎপা কয়াবু তাক্তুনা ইবা উপন্যাস মচাচুনি। মসি "বিজলী" দা ( ১৯০৫ ) মথং মনাউ নাইনা হাপ্রম্মী অতুগা

[illegible] "কালি কলম" দা ( ১৯২৬ ) হাপখি। "পাঁক" উপন্যাসনা মহাক্কী মিংচৎ থিহনখি অদুমকপু মমৈথংদদি ফংকম থোকপা মিংচৎ কংহনখি। মহাক্কী হায়ীমচাশিং লাইরিক কয়ামুক থোক্না থোমজিল্লম্মী, মখোয়দুদি, "পঞ্চশর" ( ১৯২৯ ), "বেনামি বন্দর" ( ১৯৩০ ), "মৃত্তিকা" ( ১৯৩২ ) অসিনচিংবনি।

মিত্র কবি অমা ওইনা হেন্না শক থঙনখি, মসি চুমন্থ চুপ্পী। ইবা হেক মৌপথক্লকপদগী হৌনা মহাক্কী কবিতাশিংদা মহাক্না হৌমিন্নবা কবিশিংগী থুৎইদা য়াওশিনবা উৎচনিংবগী ভাব য়াওলবা অমসুং থুৎইগী মপূং ফাবগী মতৌ ফজনা উবা ফংই। পুন্সিদা থেংনন্নিবা অন্না-অনং, থোইদোক্না ইনাক কৈন্নাক থুন্নবা, মন্নাইবক কন্না কাওবুশিংগীদমক মকু হবমথৈ নোমজন্নিবা মন্নাইবক থীন্নবা অমসুং তুহৎপিন্নবা কাওবুগী অন্না-অনং কয়া অসিনা মাগী থম্মোয়দা মীচুংশি পোকহল্লম্মী ; তৌইওবসুং মহাক্না মাগী য়ানিংদবনু ফোঙদোকপদা কৈদোউঙেনসু মাঙ-তান্নবগী মতৌদা, শাউনা নক্লপা থোক্কেন য়াক্না ফোঙদোক্লমদে। মাগা থোংদো তিন্নবশিংনা তৌথিবগুম্না থুপী থুপাগী তৌননিবা মরীগী মরমদা কা হেক্লিন্না য়াথল থিংজিনবা তৌখিদে। হুংডাইবনা থুমহৎলবা কবিগী থম্মোয়দা ফাওন্নিবদি অচোপ-অরেম থিদবমথৈ নোমজ-চৎচন্নিবা কোটি কয়া কয়াতুগী মরক্তা মহাকসু অমনি হায়না থক্তবা ঙম্বা অসিথক্তনি। মহাক্না 'পাঁওদল' কৌবা কবিতাদা ( সাল ১৯২৫ দা ফোঙথিবা ) অসুম্না হায়,

দোলাইক্তদা তোংবমা,
মখোঙনা চৎচবা ফৎন্রবা,
কনানো চৎলিবদো ?
লাউ অসোমদা, চৎমিন্নো মখোয়গা
থোঙথাং মান্নমা মখোয়গী কন্নিমক্তা পক্লবা
কল্লবা মথোঙ থোঙথাংগা।
মীগী মকোকথক্তা নেৎতুনা চৎপদৈ
মথোঙদো পাপনা লুমথরক্লবা,
কনানো চৎলিবদো ? লাউ অসোমদা,
হক্লেক্লা পোৎলুমদো, উফুলথক্তা লবীগী।

ও-লোবা কাওবুবু তুংশিবগী মতাং অমুক হৌখিদুনা মিত্রগী কবিতাশিং [illegible] [illegible] অমসুং অকন্নবা লমথৈগী য়াংবা লাহোক্লবা প্রকৃতিগী [illegible] মতো উবগুম্না [illegible] ।

মিঙনা হৌজিক কাওবদা অপিকপা কাব্য লাইরিক মরীথক পুথোক্লে, মথোয়মছুদি, "প্রথমা" ( ১৯৩২ ), "সম্রাট" ( ১৯৪০ ), "ফেরারি ফৌজ" ( ১৯৮৪ ), "সাগর থেকে ফেরা" ( ১৯৫৬ ) অসিনি। মহাক্কী অমত্তা ভাইরবা প্রবন্ধগী লাইরিক্তি "বৃষ্টি এলো" ( ১৯৫৪ ) হায়রবসিনি। মহাক অঙাংশিংগী লাইরিকসু ইরম্মী।

অচিন্ত্যকুমার সেনগুপ্ত ( পোকপা ১৯০৩ ) গল্পদগী পদ্যদনা হেন্না থুৎলোইনা ই। মহাক্কী থোইদোরা শীংথানিংঙাই ওইবা কবিতা 'অমাবস্যা' ( ১৯৩০ ) পাবদা হুংঙাই মশা নাল্লি অমসুং হুংওনবা পোকহ্নি অমসুং মসি পারগা কবি করিগুরদা কাজী নজরুল ইসলামবু নীংশিংহল্লি। কাব্যগী লাইরিক অহুম অমসু মহাক্না ফোঙদোকৃম্মী, মথোয়দুদি, "আমরা" ( ১৯৩৩ ), "প্রিয়া ও পৃথিবী" ( ১৯৩৬ ) অমসুং "নীল আকাশ" ( ১৯৫০ ) অহুমসিনি। সেনগুপ্তগী অহানবা উপন্যাস "বেদে" ( ১৯২৮ ), হামসুননা ইবা *Hunger* হায়বা উপন্যাস অদুদগী ফংলকপা প্রভাবতগী ইবনি। মসি অহানবদা "কল্লোল" দা মথং-মনাউ নাইনা ফোঙলম্মী ( ১৯২৬-১৯২৭ )। সিগী মথংদা হামসুনগী *Pan* হাগবতুদগী অনুবাদ তৌবমা অদুদগী "টুটা ফুটা" ( ১৯২৯ ) কৌবা হান্নানা পত্রিকাশিংদা ফোঙথ্রবা রারীমচা তরুক পুনশিনবা লাইরিক অমগা ফোঙদোকৃম্মী। মতমতুদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবদা মহাক উপন্যাস বুস্থাগী রারীমচাগী লাইরিক কুনগী মথক্তা পুথোবখ্রে। মরু ওইবা উপন্যাসশিংদি অসিনি, "আকস্মিক" ( ১৯৩০ ), "বিবাহের চেয়ে বড়ো" ( ১৯৩১ ), "প্রাচীর ও প্রান্তর" ( ১৯৩২ ), "উর্ণনাভ" ( ১৯৩৩ ), "ইন্দ্রানী" ( ১৯৩৩ ), "তুমি আর আমি" ( ১৯৬৪ )। রারীমচাশিংগী মমুংদা মথাগীসি পনবা য়াই, 'ইতি' ( ১৯৩২ ), 'রুদ্রের আবির্ভাব' ( ১৯৩৪ ), 'ডবল ডেকার' ( ১৯৩৮ ), 'যতন বিবি' ( ১৯৪৪ ), 'কাঠ খড় কেরাসিন' ( ১৯৫৪ ) অসিনচিংবা।

মাগা হৌমিন্নথিবা অতৈদোনা সেনগুপ্ত উপন্যাস ইবদগীদি রারীমচা ইবদনা হেন্না হৈনরম্মী। মহাক্কী উপন্যাস অমসুং রারীমচাশিংদা য়াওরিবা রারী অমসুং ইঁরবা মওং চৎনরিবা রীতিগা চানদে হায়দুনা মতম অমদা সাধারণ অপাবশিংনা পাম্নরমদে। মাগী থুৎইগী মওং কবি করিগুরদা ঈচেল থিঙত্তুনা থরগুম তৌই অমসুং পুক্নিংদা হুংঙাইতবা ফাওই। অচিন্ত্যকুমার সেনগুপ্ত অমসুং মহাক্কী কাঙবুগী উপন্যাস অমসুং রারীমচাশিং থরদি সাধারণ অপাবশিংনা অসুপকী মতিক য়ানিংখিদে মদুদি সরকারনা মহাক্কী উপন্যাস অনী, "বিবাহের চেয়ে বড়ো" অমসুং "প্রাচীর ও প্রান্তর" অদুগা বুদ্ধদেব বসুগী "এরা ওরা এবং আরও অনেকে" হায়বা রারীমচাগী লাইরিক্তগা অকাপ্পা রা য়াওবা রারীনি হায়দুনা ফোঙবা থিংলম্মী ( ১৯৩৩ )। অচুম-অরানগী

বিচায় তৌবা অচৌবা কর্মচারী অমা ওইনা অতোপ অতোপ্পা শহর অমসুং খুন্‌ংশিংদা লৈরুবদগী থঙলকপা মীওইশিং অমসুং মখোয়গী লমচৎ-শাজৎশিং অদু অচিন্তানা মতুংগী রারীশিংদা হাপচিল্লম্মী। সাহিত্য জীবনগী অথেঙবা মতাঙদা সেনগুপ্তনা ভক্তিনা মপুং ওইবা সাহিত্য ইবরোমদা মপুক্লিং চঙথিরম্মী। রামকৃষ্ণ পরমহংসগী পুন্সি অমসুং পাউতাক্কী মরমদা মহাক্না ইবা লাইরিক্তু পোৎশিং ফনা ফরম্মী।

বুদ্ধদেব বসু (পোকপা ১৯২৮) লেখক ওইনা থোক্লক্তিঁদা অনৌবা প্রগতি-বাদীশিংগী থৌদোবু শৌগৎথিবা ঢাকাদা (মহাক মফমদুদা লাইরিক তম্লম্মী) ফোঙবা পত্রিকা অমগী যুগ্ম-সম্পাদক ওইনা থোক্লক্লম্মী। মসি প্রগতি হায়বা, য়ানিংদবা কাঙবুশিংনা মিংচৎ থাহনথিবা পত্রিকা অদুনি। পত্রিকা অসি চহী অনীগা থা থরা হিংলম্মী। বসুসু প্রেমেন্দ্র মিত্রগুম্না গদ্য অমসুং পদ্য খুৎহ অনীমক খুৎলোইনা ইরম্মী তৌবগীদি অহানবা হৌগৎলকপদদি পদ্যদা ইবনা গদ্যদা ইবদ। খুৎলোইরম্মী। (মসি মহাক্কী খুৎইদা ইংরেজীগী গদ্য রীতিবু অতম্মনা লৌদুন ইবদগীনি)। ইবা হৌরকপগী ঙল্লিঙে মতমদা ইখিবশিংদা ডি, এচ, লোরেন্সবু বসুনা লুনা নীংজবদু উবা ফংই। মহাক্কী অহানবা কবিতাগী লাইরিক "মর্মবানী" হায়বা ঢাকাদগী ফোংবদু (১৯২৫) পুমকাউ কাউনখ্রে। মথংগী লাইরিক "বন্দীর বন্দনা" দা (১৯৩০) হুংশি হুংওনগী ঈচেন্না থুমহৎলবা কবিতা তরামাথোইথক যাওই। মিৎযেংদা অমসুং ফোঙদোকপদা বসুনা পরম্পরাগী চৎনবীদু কবিতাশিং অসিদা য়াওহন্দনবা হোৎনৈ অমসুং ছন্দগী চৎনরকপী মওংদুং থাদোরবা ঙম্মথৈ হোৎনৈ। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খুৎইগী মতৌ মান্দনবা হোৎন হোৎননা মহাক ঠাকুর। প্রভাবশিংদগী নাম্থোকপা ঙম্মদে। রবীন্দ্র-নাথকী খুৎইদা য়াওবা রাহৈপরেং নত্রগা বাক্যাংশ লৌদুনা মহাক্কী অয়াম্বা লাইরিকশিংগী (উপন্যাস অমসুং রারীমচাগী) মমিং থোল্লি। মহাক্কী কবিতা অপাবশিং থরদা রবীন্দ্রনাথকী "শেষের কবিতা" হায়বা উপন্যাসপু তক্তনা নীংশিংহল্লি। অদুম ওইনমক বসুগী কবিতাশিংদা মওং তাদবা অমসুং ইনথৎলকপা মতাঙদা হৌরকপা পুরিংগী ঈহুলশিংদুবু অথাক-অতম লৈতনা পংহায়তা হায়দোকপগী মতৌ অমুক লৈথিদ্রে অমসুং কবিতা ইবদা মপুং ফাদে হায়নরবদু মতম বুইনা অমুক হায়নখিদ্রে। মাগী য়াম্না ফজবা কবিতাশিং মানা ইব মমৈ। লাইরিকশিংদা উবা ফংই, মখোয়দুদি, "পৃথিবীর পথে" (১৯৩৩), "কঙ্কাবতী" (১৯৩৭), "দময়ন্তী" (১৯৪৩), "দ্রৌপদীর শাড়ী" (১৯৪৮) অসিনচিংবসিনি।

বসুনা গদ্যদা ইবা লাইরিকশিংদি উপন্যাস, রারীমচা অমসুং সাহিত্যগী বিষয়গা মরী লৈনবা মীশকশিংগী মরমদা ইবা প্রবন্ধশিং অসিনি; পুম্নমক অসি য়াম্না কুপ্না

য়েংশিল্লগা ইবা মাগী খুৎইমক্তনি। বঙ্গী উপন্যাসশিং লেথক মশাদা ফাওরিবা রাখলবু পরীক্ষা তৌদুনা ইবমক্তনি, মপূং ওইবা চরিত্রশিং মশা মশাগী রাখলগী পন্থংদা অদুম নীংতম্না লৈহল্লগা লেথকী ব্যক্তিত্ব ওইবা রাখল্লা মথোয়না থল্লিবদুগা চাম্নহন্দুনা চরিত্রশিংগী অবস্থা শেমশাই। ঘটনাশিং পংথাও য়াওদে অদুগা ঘটনাগী মথলস্ন য়ামদে। মসিননি বঙ্গী রারীশিং লীরিবা মওং ফজরবস্ন তুশোন-মানশোন উরিবা। মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "সাড়া" (১৯৩০) ফোঙলকপদা উপন্যাস অদুদা কনাগুম্বা অথঙবা অপাবা অমনা পাবদা শাউনিংঙাই মরম অমত্তা যংলরোইদবা অদুক্কাওবদা মহাকপু য়ানিংদবা কাংবুনা তমথিবা ইরাং অমা হৌরক্লমী। মহাক্না ইরম্বা অতোপ্পা উপন্যাস নীফুরোমদগী হেল্লি, মথোয়দুগী মতুংদা মথাগীশিংসি পনবা য়াই, "অকর্মণ্য" (১৯৩১), "আমার বন্ধু" (১৯৩৩), "ধুসর গোধুলি" (১৯৩৩), "যেদিন ফুটল কমল" (১৯৩৩), "পরস্পর" (১৯৩৪), "কালো হাওয়া" (১৯৪২), "তিথিডোর", (১৯৪৯) অসিনচিংবা। রারীমচা ইবদা বঙ্গ যজনা মায়পাকখি। মশাদা ফাওরকপা রাখলবু কুপ্পা থল্লগা ইবা খুৎই ওইদুনস্ন মাগী রারীমচাশিংগী খোঙহৌ তপনা চত্তে অহোইনদুম মতুনা মশেক মঙালদুম নাইহল্লি। রারীমচাশিং অসি লাইরিক কয়ামুক্তা খোমজিল্লমী; মথোয়দুদি, "রেখাচিত্র" (১৯৩১), "অভিনয় অভিনয় নেই" (১৯৩০), "এরা ওরা এবং অনেকেই" (১৯৩২), "মিসেস গুপ্ত" (১৯৩৪), "ঘরেতে ভ্রমের এলো গুণগুনীয়" (১৯৩৫), "ফেরিওয়ালা" (১৯৪০) অসিনচিংবা।

সাহিত্যগী লমদা পরম্পরাগী চৎনবীবু থাদোক্লনবা হোৎনরিবা অনৌবা লেথক কাঙবুগী থৌশা-রাশাদবা লুচিংবা অমা ওইরুবনা মহাক পরম্পরাগী চৎনবীবু হোঙ-দোকহল্লিংবা কাঙবুগী সমালোচকশিংগী মওইবা মিৎয়েং চঙফম ওইরম্মী। বঙ্গ অমতুং মাগী মরুপশিংনা ফজদবা রাঙাংদা জবাব পীরগদা তোক্তে। মথোয়না ফংগে তাম্নরিবা লম্বী অদোমদা অদুম চথরম্মী অদুগা বঙ্গদি মতুদগীস্ন থরা হেনবা থৌদৌস্ন তৌরম্মী। অহানবদা "প্রগতি" পত্রিকাগী যুগ্ম-সম্পাদক ওইনা, অদুগী তুংদনা "কবিতা" হায়বা থা অহুম অহুমদা ফোঙবা পত্রিকাগী (১৯৩৫) পরিচালক সম্পাদক ওইনা মহাক্না আধুনিক কবিতাবু শৌগৎতুনা য়াম্না ইচংথৌনা অমতুং মরীংজেল থরগী খুৎইদা প্রবন্ধ অমতুং সমালোচনা কয়ামক্রম ইরম্মী। মহাক্না য়েন্নবশিংগী মফম ফাওবা য়ৌনা তকশিল্লম্মী হায়বসিদা করিস্ন ঙম্রিংঙাই লৈতে; মহারা মমিং লৈরবা হৌথিবা লেথক কয়াগী লাইরিকশিংগী মরমদা থাইনা য়ানগুবা মতশিং অদুবু ফাওবা য়াম্না শাথিনা শীংনরম্মী। বঙ্গনা কম্না হোৎনবদগী জীবনানন্দ দাশগুম্বা মনোবৃত্তিগী মরমদা তোপ তোপ্পা মশাগী ভাব লৈজবা কবিবু থাইনা য়ানথিবনি

হায়রবসি যাদবা ওয়োই। বসুগী সমালোচনা তৌত্নবা ইবা প্রবন্ধ কয়ামরুম মখাগী লাইরিকশিং অসিদা খোমজিন্নরী, "উত্তর তিরিশ" (১৯৪৫), "কালের পুতুল" (১৯৪৬) অমসুং "সাহিত্যচর্চা" (১৯৫১) মহাক্না গদ্যদা ইবা অতোপ অতোপ্পা লাইরিকশিংগী মসুংদা লমকোই রারীগী অমসুং নিংশিংতুনা ইবগী লাইরিক মরি অমগা য়াওরম্মী, মখোয়দুদি, "হঠাৎ আলোর ঝলকানি' (১৯৩৫) "আমি চঞ্চল হে" (১৯৩৬), "সমুদ্র তীর" (১৯৩৭), "সব পেয়েছির দেশ" অসিনি। মহাক অভাংশিংগী লাইরিকশু ইরম্মী। হৌজিক মহাক নাটকীয় কবিতা ইরি।

"প্রগতি" পত্রিকাগী যুগ্ম-সম্পাদক অজিত দত্ত (পোকপা ১৯০৭) না মাগী অহানবা কাব্যগী লাইরিক "কুসুমের মাস' মহাক্না পুন্না থবক পুমিন্নবা বুদ্ধদেবগী "বন্দীর বন্দনা" কোঙবা চহী, সাল ১৯৩০ দা ফোঙদোকখী। মদুগী মতুংদা মহাক্না লাইরিক মরি অমগা ফোঙলম্মী, মখোযদুদি, "পাতাল কন্যা' (১৯৩৮), "নষ্টচাঁদ" (৯৪৫), "পুর্ণনবা" (১৯৪৭) অসিনি। দত্ত গদ্যদা অদুক য়াম্না লাইরিক ইরমদে। "জনান্তিকে" (১৯৪৯) হায়বা মশা॥ মরমদা ইবা প্রবন্ধশিংগী লাইরিক পাবদা ফংঙাই। অদুগুম্না "মন পবনের নাও" (১৯৫০) হায়বা অশাবা মমিং 'রৈবত' গী মিংদা ফোঙবা লাইরিক অসিসু পাবদা ফংঙাই।

দত্ত ম ্গো কবিনি। মহাক্না কবিতাশিং থুগু্না লৈরিবা আবেগতগী হৌরকপা অমেঙবা, অখোৎপা অমসুং অতঙ্গী স্বরনা লৈতেংই। কবিতা ইরিবা লোনশু তনান তনাল্লি অমসুং ইচম চম্মী, নমথেক্ত্না ইদে অমসুং তহ্‌। তহাদে। অপাবশিংবু ঙকহন্নবা থক হোৎনদে।

জীবনানন্দ দাশ (১৮৯৯ ১৯৫৪) আধুনিক কবিশিংগী মরক্তা থাইগা ইমান মায়দে হায়গ্রগসু রীতিবিরোধী ওইবা কবিনি হায়বা তাই অমসুং মহাক্না মৌলিক্তাগী গুণ থাইদগী হেল্লি। দাশ বরিশালদা স্কুল অমসুং কোলেজদা লাইরিক লাইগু তমদুনা হৌরক্লম্মী অমসুং কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা মহে তম্বা লোইখি। মহাক অহানবদা চৎনরিবা রীতিদা কবিতা ইবা হৌই অমসুং মহাক্না অহানবা কবিতাশিং সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত অমসুং কাজী নজরুল ইসলামগী থৎই মওং ইম্না ইরম্মী। অসিগুম্বা মহাক্না হৌগৎলকপদা ইখিবা কবিতাশিং পত্রিকা কয়াদা ফোঙখিবশিংদু খোমজিন্দুনা "ঝরা পালক" কৌবা কাব্যগী লাইরিক অমা পুথোরম্মী (১৯২৮)। মসি ফোঙস্রিবৈ মখাগ্দা মহাক্না 'আধুনিক কবিতা" দা ইরিবা মওংশিংদু য়েংশিলম্মী। হায়রিবা লাইরিক অসি ফোঙলবা মতুংদা অনৌবা রীতি অসিনা মাগী চপচারা লম্বীনি হায়রসি

মহাক থওলশ্মী অমসুং রীতি অসোমদা মপুক্লিং অনী লোওদনা চঙশিনখিরম্মী। মহাকী কবিতাশিং করিগুম্বদা পুম্নমক্তা মওংগী ওইরম্মী অমসুং মহাও রাওরমদে অমসুং বিরোধী কাওবুনা মখোয়দুবু যাম্না নোররম্মী অমসুং ফাগি তৌরম্মী। মসিগী মহৈনা আত্মনিষ্ঠ ওইবা, ইকাইখুম্নবা অমসুং নাইতোম তাব্রবা কবিগী মফমদা ওন্থোক্না নীংবা কায়বমা পোকহল্লম্মী। অসিগুম্বা তমথীরবা করেম্নবুনা ইবা সমালোচনা অসি ফোওলকপা মতমদা মহাক কলকাতাগী কোলেজ অমদা ইংরেজী বিভাগতা অধ্যাপক ওইরম্মী অমসুং মসিদগী মহাকপু কোলেজগী কর্তৃপক্ষনা য়ানীংলমদে অমসুং মহাক থবক থাদোক্লম্মী। মহাক দিল্লীগী কোলেজ অমদা চহী অমরোম থবক তৌরম্মী। অদু॥ তুংদা মতম কুইনা থবক ফংদবুনা লৈরুরবদগী মাগী পোকফম বরিশালদা হল্লক্লগা কোলেজ অমগী অধ্যাপক ওইদুনা সাল ১৯৪৮ ফাওবা মফমদুদা লৈরম্মী। সিগী মতুংদা রাজনৈতিকী ইরাংনা মহাক মফম অদুদা লৈবা য়াম্রবুনা কলকাতাদা অমুক হল্লক্লম্মী। মহাক্না লৈথিদবা মতমদা মহাক কলকাতাগী মনাক্তা তাবা লম অমদা লৈবা কোলেজ অমগী অধ্যাপক অমুক ওইরম্মী।

ইওথ থওহৌদনা চপম্নংবা রাথল অমগা লোইননা দাশনা করিগীদমক আধুনিক কবিতারোমদা লৈশিনখিবনে হায়বসিগী মরম তাক্লমক্তে। তৌইগুম্বসুং মহাক্না অসুম্না তৌথিবসি ইংরেজী লোন চৎনবা পৃথিবীগী লমথৈশিংদা কম্না চৎনরকপা এজরা পাউণ্ড অমসুং টি, এস, এলিয়টকী কবিতানা তৌহনখিবনি হায়বদা থোইনা নাল্লোই। এলিয়ট অমসুং 'ইমেজিষ্ট' কবিশিংগী মতম্না সৃষ্টি পরায়ণ ওইবা শিল্পী অমনা কবিতাগুম্বা শিল্পগী ওইবা পোৎশক অমা শেম্বদা হান্ননা থওনরবা অমসুং অরাইবা থৌদৌ থক শিজিন্নবা হৌনদে অমসুং মসিগীদমক কবিস্ন অপাবস্ন কল্পনা তৌবগী থমথেংবী হৈনবীদু ক্ষংলনবা য়াম্না কম্না হোৎনবা তাই হায়বসিনি; মরম অসিনা আধুনিক কবিতাদা শিজিন্নরিবা লোন চিক্সতনা ওইবা তাই অমসুং ফোওদোকপনা থওবদা লুম্নবা মওংদা কোওদোকপা তাই হায়না মখোয়না মত পীরি। মখোয়না অসিমস্ন হায়, আধুনিক কবিতানা মীওইবা কাওলুপকী অপুনবা জ্ঞান, ঐতিহাসিক থওদে, বৈজ্ঞানিক থওদে মরী লৈনৈ; অদুদগী হেন্দোক্নুনা অবচেতনা অমসুং অযৌক্তিক ওইবা রাথলগা কাওবস্ন মরী লৈনহল্লি। মখোয়না থাজৈ কবিগী পুক্লিংদা কাওরিবা রাথল অমসুং ভাব ফোওদোকপদা ঘটনাগী অহৌবা মমিংশিং অমসুং প্রতিমাবু মচেৎ থরদুং উত্নুনা তেনতক ইবনা রাহৈ-রাতাদা লল্লোনবা কবিশিংগী মতমগা চান্নরক্নুবা থৌদৌতা মওইরবা রাহৈ-রাতা, ছন্দ অমসুং তাল লয় মথল মথল শিজিন্ননা ইবদগীদি হেন্না মপুং ফাহল্লি। দাশনা মসিগী মূল তত্ত্ববু য়ানিংলম্মী অমসুং মসিগা চানবা

কবিতাশিং ইরম্মী। মহাক্কী নীংথাননিংঙাই ওইরবা কবিতা তরাত্তরেৎ খোমজিনবা লাইরিক "ধূসর পাণ্ডুলিপি" (১৯৩৬) দা য়াওরিবা অয়াম্বা কবিতাশিং "প্রগতি" পত্রিকাদা (১৯২৭-৩০) হান্না ফোংদোকখ্রবনি অমসুং অতৈদুনা "কল্লোল" অমসুং অতৈ পত্রিকাশিংদা ফোংদোকখ্রবনি। মহাক্কী কবিতাগী অতৈ লাইরিকশিং "বনলতা সেন" (১৯৪২ দা অহানবা অমুক ১৯৫২ দা চাউথোকহনখিবা), "মহা পৃথিবী" (১৯৪৪) অমসুং "সাতটি তারার তিমির" (১৯৪৮) অসিনচিংবসিনি। মহাক্কী "শ্রেষ্ঠ কবিতা" (১৯৫৪) হায়বদুসু মথক্কী ময়াম অসিদা য়াওখিদবা কবিতাশিং খোমজিন্দুনা ফোংলবনি। দাশনা মমৈদা গদ্যদা ইননবসু হোৎনবম্মী, তৌইশুবসুং প্রবন্ধ অমা অনীদং নত্তনা সাহিত্যগী মরমদা অমসুং সমালোচনা ওইনা ইবা প্রবন্ধশিংদি শেম-শাগৎলকপগী ইবা খুৎহদা অদুম থনম্রে অমসুং মথোয়শিংসি লেখরা মতম ফংখিদবদগী অরোইবী ওইনা ইথোকপা ঙম্মদে। হৌজিক্তি মথোয়সি লাইরিক ওইনা ফোংলে, মমিংনা "কবিতার কথা" (১৯৫৬) কৌই। প্রবন্ধশিং অসিদা দাশনা আধুনিক কবিতাবু শৌগত্তুনা ইরি। আধুনিক কবিতাগী কবিশিংগা রবীন্দ্রনাথকা চাংদয়দুনা কবিনা মাগী মত অসুম্না পীরি—

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতুং তাবা যুগতি "কল্লোল" পত্রিকা ফোংলকপদগী হৌরক্লে। মসিদা রবীন্দ্রনাথকী হৌনবী মওংদু অমত্তা কাওবা য়াওরক্লে; হৌজিকসু কবিশিং থরদি মরৈরি হায়ববু মথোয়না অনীশুবা রবীন্দ্রনাথ অমমুক থোক্লকপদু কাম্রে হায়না লৌনরে।

মহাক্কা ইবা কবিতা 'হায় চিল' হায়বা কবিতাদগী মতেক থরা অনুবাদ তৌদুনা পীরিবা অসিদগী জীবনানন্দ দাশকী কবিতাগী নমুনা করিনো হায়বদু তারি—

ওহোকই তেললা, হে সনাগী মশা পানবা তেললা,
তুমিৎনা কোক্কোল লোম্বা তাল্লাদা
লোংপুবা লৈচিল্লা কুম্নবা তুমিৎসিগী,
কপ্পগত্তু অমুক নঙ কোইশাই পাইদুনা
থানলিড়ি তুরেলগী ঊপাকথক্তা।
নঙগী মিকপ মিরাউথোল্লা নিংশিংহল্লি ঐবু
ফেক্লা মপান যাওবা যাগী চোকথরবা মমিৎশিং
পৃথিবী অসিগী রাজকন্যাগুম নীংথিজবী চৎথরে
অহাক খাম্না কক্লবী শকক পুদুনা যাগী;

করি কৌরি মাবু অমুক হল্লকখো হায়না ?
ওল্লোকপনি, কনানো অমুক থিঙ্গাইগদৌবা
মাগী থংময় অরা-চৈনা পোকহল্লবা।
ওল্লোকই, তেলঙ্গা, হে সনাগী মশা পানবা তেলঙ্গা
নোংপুবা লৈচিন্না কুপ্লবা হুমিৎসিগী
হুমিৎনা কোক্লোল লোম্বদা,
কপ্পগম্ব অমুক নও কোইপাই পাইদুনা
ধানসিড়ি তুরেলগী ঈপাকথক্তা।

বিষ্ণু দে ( পোকপা ১৯০৯ ) ইংরেজী বিভাগকী অধ্যাপক ওইরম্বদগী পোথাক্লবা মীশক অমনি। মহাকম "প্রগতি" পত্রিকাদা মশাগী মত ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্কী কবিতাগী লাইরিক তরুক্তগী হেলি, মথোযদুগী মতুং চনবশিংদি অসিনি, "উর্বশী ও আর্টেমিস" ( ১৯৩৩ ), "চোরাবালি" ( ১৯৩৭ ), "পূর্বলেখ ( ১৯৪১ ), "সন্দ্বীপের চর" ( ১৯৪৭ ), "অম্বিষ্ট" ( ১৯৫০ ) অমসুং "নাম রেখেছি কোমল গান্ধার" ( ১৯৫৩ )। হকোন কোনবা কাব্য লাইরিক্কী মমিংসি রবীন্দ্রনাথকী রচনাদগী লোথোকপনি। দে য়াম্না অথাঙ কনবা লেথক্লি অমসুং অহানবদা ইথিবা মহাক্কী কবিতাশিং থরদা মহাক্না এলিয়টকী মতৌ তমদুনা ঐথোয়গীগা কয়া চান্নফাত্তবা য়ুরোপকী সাহিত্যগী অথঙ-অহৈশিংগী য়াওম থরা পুশিল্লবা মথক্লায় য়াওনা হোৎনথি হায়বসি মহাক্কী কাব্য লাইরিকশিংগী মমিংশিং অসিদগী থঙবা ঙম্মী। মহাক্কী থুৎহ নানদে অমসুং মহাক্না ইবা কবিতাশিং চৎনদবা য়াহল্লোক কয়া অমসুং অভিধানগীতা ওইবা য়াহৈ-য়াতা কম্মামরুম হাপচিনবদগী চাংচৎ মান্নদবা অমসুং পাবদা ক্রক ক্রক লাউবমা পোকহল্লি। মাগী কবিতাশিং এলিয়টকী মতৌ থরা তমদুনা ইবনা লাইরিক পংহৈ হৈতবা মীওইশিংনা পাবদা লৌশিনবা ঙমদে। মহাক গল্পদসু ইদি ইরম্মী হায়ববু পংয়াম য়ামদে : মহাক্কী প্রবন্ধশিংগী লাইরিক থরদুগী মতুংদা মথাগীশিং অসিসু য়াওরি, "রুচি ও প্রগতি" অমসুং "সাহিত্যের ভবিষৎ" ( ১৯৫২ )। মহাক এলিয়টকী কবিতা থরসু অহুবাদ তৌরম্মী।

"প্রগতি" পত্রিকা চহী অহুম শুরকপদা ক্তোঙবা লেপথিরম্মী অমসুং সুধীন্দ্রনাথ দত্তনা ( ১৯০ -৬০ ) সাল ১৯৩১ দা "পরিচয়" পত্রিকা ফোঙলকপা মতমদা "কল্লোল" পত্রিকা শিবগা চপ মান্ননা লৈরগী। মসিগী পত্রিকাসি "সবুজপত্র" পত্রিকানা অনৌবা কুয়োম অমদা নোনা চোংথোক্লকপগুম তৌরগী। "পরিচয়" গী পান্দমকমদি চৎনবিবা সাহিত্যগী য়াথল অমসুং নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী ভাব ধারা

হাপচিন্দুনা অনৌবা হৌরক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেল হাল্লগুম্না অতম চথখিনবা হোৎনবা হায়বসিনি। সাল ১৯২৯ গী অতুরাইদা দত্তগী কাব্য লাইরিক অমা ফোঙলম্মী অমসুং মতু যৎথিদবা ক্ষনা কুইখ্রে। মহাক্না অহানবা ইবা শীংথাননীংঙাই ওইবা কবিতাদি 'ওর্কেস্ট্রা' হায়বা "পরিচয়" দা ফোঙথিবত্নি (১৯৩২)। সিগী মতুংদা দত্তগী কাব্য লাইরিক মরীথক ফোঙলম্মী, মথোয়তুদি, "ওর্কেস্ট্রা" (১৯৩৫), "ক্রন্দসী" (১৯৩৭), "উত্তরফাল্গুনী" (১৯৪০) অমসুং "সংবর্ত" (১৯৫৩)। সাহিত্যগী মরমদা মহাক্না ইবা প্রবন্ধশিং মাগী "স্বগত" (১৯৪৮) হায়বা লাইরিক্তদা য়াওরি। দত্তনা চৎনরিবা নাম্না ইবা কবিতা ইবগী হৌনবী ইন্না ইবা ঙম্মদে। মহাক্না সংস্কৃত অভিধানদা নত্তনা অতৈ অমদা ফংদবা রাহৈ-রাতা কয়াম ম মাগী কবিতাশিংদা হাপচিল্লম্মী। দত্তগী কবিতাশিং য়াম্না লুই অতুবু দেগাদা লুরিবা মব অতুগদি মাম্নদে। দত্তগী গত্তস্থ পত্তগুম্না লুই।

সমর সেন (পোকপা ১৯১৬) আধুনিক কবিতা হবা কাঙবুগী মন্থংদা থ্বাইদগী নহা ওইবা কবিনি। সহরদা লৈরিবা ময়ায় কাঙবুগী শোখহৌরবশিংগী সমাজগী মীহৌনিংঙাই যাওদ্রবা অমসুং নিংবা কায়নাংঙাহ ওইররা শক্তম থররু লৌশিল্লগা ফোঙদোকপদা মহাক মায়পাকখিরম্মী। মহাক্কী মিৎয়েং করেম্না য়েংহ অমসুং মঙোন্দা লৈরিবা মীগী হৌনশা শাজৎপু চিংনবগী রাথল মতাং চান্দ্রবস্ত থরা হোঙ্গম্না উহ। সেনগী কবিতাশিং লাইরিক মচা মরীথক্কা খোমজিল্লমী, মথোয়তুদি, "কয়েকটি কবিতা" (১৯৩৭), "গ্রহন" (১৯৪০), "নানা কথা" (১৯৪০) অমসুং "তিন পুরুষ" (১৯৪৪) হায়বশিং অসিনি।

হুমায়ুন কবির (১০৯৪ ৬৮) থ্বাইনা পাম্নরবা কাব্য লাইরিক অনী মমিংনা "স্বপনসাধ" (১৯২১) অমসুং "সাথী" (১৯৩২) কৌবশিংসি ইরমী। পণ্ডিত, অধ্যাপক অমসুং শাসন কর্তা অমা ওইনা হুমায়ুন মমিং লৈবা মীনি তৌইগুম্বসুং মহাক সাহিত্যগা তোৎন-নৈনতুনা অতুম লৈরম্মী। মহাক "চতুরঙ্গ" (১৯৩৯) কৌবা মতম কুইনা অরাংবা থাক্কী লৈজরিবা খোঙফম্বু লেংদনা থমতুনা ফোঙথিবা পত্রিকা অসিগী সম্পাদক ওইরম্মী। "চতুরঙ্গ" গী সম্পাদক হৌজিক দীলিপ গুপ্তনা ওইরি।

অন্নদা শঙ্কর রায় (পোকপা ১৯০৪) উরিষ্যা অমসুং বিহারদা লাইরিক তম্নম্মী। মহাক উরিয়া লোন অমসুং মাগী মমারোন অনীমক হৈরম্মী অমসুং উরিয়া লোন্দা পত্ত অমসুং গত্ত ইরম্মী। রায় পত্ত অমসুং গত্ত অনীমক ইরবস্থ মাগী হৈনবীদি গত্তদা ইবনি। মহাক্না ইবা কবিতাগী লাইরিকশিংদি মথোয়সিনি, "রাখী" (১৯২৯),

“একটি বসন্ত” (১৯৩২), ‘কালের শাসন” (১৯৩৩), “কামনা পঞ্চবিংশতি’, (১৯৩৪)। “উড়কি ধানের মুড়কি” (১৯৪২) হায়বসি ছড়া ছন্দদা ইবা, শরাইবশিংগী জীবন চরিত ওইনা হবা কবিতাশিং, চুম্নগী কবিতাশিং অমসুং গীতি কাব্যগী মওংদা ইবশিংগী অপূনবা লাইরিক্নি। রায় সাহিত্যগী, জীবন চরিতকী অমসুং মশাগী রা ইবা প্রবন্ধ কয়ামরুম ইরম্মী। মথোয়দুদি, “তা না” (১৯২৮), “আমরা” (১৯৩৭), “জীবনশিল্পী” (১৯৫৩), “ইসরা” (১৯৪৩) “বিচিত্র বই” (১৯৪৪), “জীবনকাঠি (১৯৪৯), ‘প্রত্যয” (১৯৫১) অসিনচিংবসিনি। “পথে প্রবাসে” (১৯৩১) দা লেখরা য়ুরোপ্তা ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসকীদমক মহৈতম্বা চৎপদা থেংনখিবশিংদু ইরি। অহানবদা “বিচিত্র” দা মথং-মনাও নাইনা যোঙখিবা মসিগী রারেং অসিনা মশক ইথদ্রবা চদনা নৈরম রাগম মশক খঙহনবা। “য়ুরোপের চিঠি” (১৯৪৩), হায়বসিসু অভাংশিংগীদমক হবা অসিগুম্ব মখলগী বারেংনি।

রায় রারীমচা অমসুং উপন্যাসসু ইরম্মী মাগী রারীমচাশিং “প্রকিতির পরিহাস’ (১৯৩৪), “মনপবন” (১৯৪৮), “যৌবনজ্বালা” (১৯৫০) অমসুং “কামিনী কাঞ্চন” (১৯৫৪) হায়বশিং অসিদা যাওরি। খণ্ড তরুম্বা হবা “সত্যাসত্য” হায়বা উপন্যাসসিদা “যার যেথা দেশ” (১৯৩২), ‘অজ্ঞাত বাস” (১৯৩৩), “কলঙ্কবতী’ (১৯৩৪), “দুঃখমোচন” (১৯৩৬), “মর্তের স্বর্গ’ (১৯৪০) অমসুং “অপসরণ” (১৯৪২) হায়বা উপন্যাসশিং অসি যাওরি। অতৈ উপন্যাসশিংদি “আগুন নিয়ে খেলা” (১৯৩০), “অসমাপিকা” (১৯৩১), “পুতুল নিয়ে খেলা” (১৯৩৩), “না” (১৯৫১), “কন্যা” (১৯৫৩) অসিনচিংবনি।

সজনীকান্ত দাশনা (১৯০০-১৯৬২) সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখিবা “বঙ্গশ্রী” কৌবা পত্রিকাদা উপন্যাসিক কাওবু অমা চোংথোক্লকখি। দাশ হৌজবা কবিতা থরা, মীগী মতৌ তমদুনা নোক্নিংনবা মতৌ তৌদুনা ইবা কবিতা, ফাগী হাবাং তৌবা গদ্যগী প্রবন্ধশিং ইরম্মী। মথোয়শিংসি “পথ চলতে ঘাসের ফুল” (১৯২৯), “অঙ্গুষ্ঠ” (১৯৩১), “মধু ও হুল” (১৯৩১), “কলিকাল” (১৯১০), হায়বা লাইরিকশিং অসিদা ফঙনি। “অজয়” (১৯৩১) কৌবা উপন্যাস অমসু ইরম্মী, মহাক মতম থরা প্রগতিবাদীশিংগী মরক্তা য়াওরম্মী হায়বসি মসিনা তাকই। মমৈথংদা মথোয়শিং অসিবু করেম্নবনা মাগী অসিগুম্বা থৎইনা পান্দমফম ওইরম্মী। দাশ কাব্যগী লাইরিক থরসু পুথোক্লম্মী, মথোয়দুদি, “রাজহংস” (১৯৩৫), “আলোআঁধারি” (১৯৩৬), ‘পঁচিশে বৈশাখ” (১৯৪২) অসিনচিংবনি।

সরোজকুমার রায় চৌধুরী ( পোকপা ১৯০২ ) অমসুং তারাশঙ্কর বন্দোপাধ্যায় ( পোকপা ১৮৯৮ ) অহানবদা "কল্লোল" পত্রিকাগী প্রবন্ধ ইরম্মী অমসুং লাইরিক ইবনি হায়বসি কোল্ডদোক্লম্মী। অদুগা মখোয়না লেপ্পুনা ইখিবদি "বঙ্গশ্রী" দনি (১৯৩৩)। রায়চৌধুরী পাবদা মতিকচাল্লবা লাইরিকশিং, ৱারীমচাশিং অমসুং উপন্যাসশিং ইরম্মী, মখোয়সুদি, "বন্ধনী" ( ১৯৩১ ), "শৃঙ্খল" ( ১৯৩২ ), "আকাশ ও মৃত্তিকা" ( ১৯৩৩ ), "ময়ূরাক্ষী" ( ১৯৩৬ ), "হংস বলাকা" ( ১৯৩৭ ), "সোমলতা" ( ১৯৩৮ ), "কালো ঘোড়া" ( ১৯৪৬ ) অসিনচিংবসিনি।

তারাশঙ্কর বন্দোপাধ্যায় ( পোকপা ১৮৯৮ ) ৱারীমচা অমসুং উপন্যাস কয়াম্বকম ইরম্মী। 'রাইকমল" কৌবা ৱারীমচা মমৈদা উপন্যাস মচা ( ১৯৩৫ ) ওইনা চাওথোকহনখিবা অসি নত্তনা মহাক্না অহানবদা ইখিবা ৱারী মমক "বঙ্গশ্রী" অমসুং "প্রগতি" পত্রিকাশিংদা ফোঙথিরম্মী। ৱারীশিং অসি মথাগী লাইরিকশিং অসিদা খোমজিল্লম্মী "ছলনাময়ী" ( ১৯৩৬ ), "জলসাঘর" ( ১৯৩৭ ), "রস কলি" ( ১৯৩৮ ), "প্রসাদ মালা" ( ১৯৪৬ ), 'নীলকণ্ঠ" ( ১৯২০ ), "আগুন' ( ১৯৩৭ ), "ধাত্রী দেবতা" ( ১৯৩৭ ), "কালিন্দী" ( ১৯০৬ ), "কবি ( ১৯৪১ ), "গণদেবতা" ( ১৯৪২ ), "পঞ্চগ্রাম' ( ১৯৪৩ ), "হাঁসুলি বাঁকের উপকথা" ( ১৯৪৭ ), "আরোগ্য নিকেতন" ( ১৯৫০ ), "নাগিনী কণ্যার কাহিণী" ( ১৯৫২ ) অসিনচিংবা। মহাক্কী মরমদমগী ৱারীশিংদগী ৱারীমচা অমসুং উপন্যাস ইবদা বন্দোপাধ্যায় খ্বাইদগী হেন্না ফুংঙাইজে। লৈবাকসিগী মসুংদা মহাক্না লৈবা লমংগা ( পশ্চিম বঙ্গগী বীরভূম জিলাগী ) মীওইশিংগী পুন্সি অমসুং প্রকৃতিগী মঙং-মতৌ মহাক মুন্না থওই অমসুং মাগী ৱারীশিং পাবদা য়াম্না ফুংঙাই। বন্দোপাধ্যায় হৌজিক ফাওবদা জীবন চরিত অনীথক ইরে, মখোয়সুদি, "আমার কালের কথা" ( ১৯৫১ ) অমসুং 'আমার সাহিত্য জীবন" ( ১৯৫৩ ) অনীসিনি।

বলাইচাঁদ মুখোপাধ্যায় ( ১৮৯৯ পোকপা ) হকচাং লাইয়েংগী গ্রেজুয়েট পাশ তৌত্রিঙৈ আ মমাঙদগী কবিতা ইবা হৌরম্মী অমসুং সাহিত্যদা হেক চঙলকপদগী হৌনা মহাক্না মাগী অশাবা মমিং 'বনফুল' হায়বদি 'লম্লক্কী লৈ' হায়বসি মাগী মিং ওইনা শিজিন্নরকই। মুখোপাধ্যায় ভাগলপুরদা লৈরম্মী। মহাক্না পাবদা ফুংঙাইরবা নোক্লিংবা কবিতা খরা ইরম্মী, অমসুং মখোয়শিং অসি মাগী "বনফুলের কবিতা" ( ১৯৩৬ ) হায়বতুদা য়াওরি। মহাক্কী অতৈ কাব্যগী লাইরিকশিংদি, "অঙ্গারপর্ণী" ( ১৯৪০ ) অমসুং "আহবনীয়" ( ১৯৪৩ ) অসিনচিংবনি। ৱারীমচাশিং খরদি, মরুওইনা, মহাক্না ডাক্তরীগী ছাত্র ওইরিঙৈ অমসুং পেঠোলোজিষ্ট ওইরিঙৈদা

থেংনখিবশিংদগী লৌখোক্লুনা ইবশিংদু য়াম্না ফজে। মহাক্না য়াম্না মায়পাকখিবদি য়াম্না তেনবা ৱারীমচাশিংদনি ( মখোয়সিবু আমেরিকাগী সাহিত্য চৎনবী লোন্দাদা very short short stories হায়নবা অদুগুম্বা ৱারী মতাদুনি )। মহাক্কী য়াম্না তেনবা ( অমসুং য়াম্না য়াম্না তেনবা ) ৱারীমচামচাগী লাইরিকশিংদি অসিনি, "বনফুলের গল্প" ( ১৯৩৬ ), "বৈতরনী তীরে" ( ১৯৩২ ), "বাহুল্য" ( ১৯৪৩ ), "অদৃশ্যলোকে" অসিনচিংবা। মুখোপাধ্যায়না তম্নকপা হকশেলগা শিক্ষানা মহাক্কী উপন্যাসশিংগী বিষয়দা অমসুং মহুগী মরমদা ইবদা তোপ তোপ তাহল্লি। মীগী লমচৎ শাজত্তা সাহিত্য শিল্পী অমগী মিৎয়েংদগী হেন্দোক্লুনা বৈজ্ঞানিক অমগী মিৎয়েংলোমদগীসু য়েংশিল্লম্মী। মহাক্কী তোপ তোপ তাবা উপন্যাসশিংদি মখোয়সিনি, "তৃণখণ্ড" ( ১৯৩৫ ), "কিছুক্ষণ" ( ১৯৩৭ ), "দ্বৈরথ" ( ১৯৩৭ ), "নির্মোক" ( ১৯৪০ ), "জঙ্গম" খণ্ড অহুমদা ইবা ( অহানবা খণ্ড ১৯৪৩ দা ফোঙবা ), "স্থাবর" ( ১৯৫১ ), "ডানা" ( ১৯৪৮ ), "পঞ্চপর্ব" ( ১৯৫৪ ) অসিনচিংবা। মুখোপাধ্যায় জীবনী নাটক থরম্থ ইরম্মী। মহাক্না ইবা মথলসিগী নাটকশিং "শ্রীমধুসূদন" ( ১৯৩৯ ) অমসুং "বিদ্যাসাগর" ( ১৯৪১ ) হায়বা অসিনা বাংলাদেশতা জীবনী নাটক অহানবা ওইনা হৌদোকখি।

শরদিন্দু বন্দোপাধ্যায় ( ১৮৯৯-১৯৭০ ) বলাইচাঁদ মুখোপাধ্যায়গুম্না বিহারদা লৈরম্মী। মহাক আইন কাননগী গ্রেজুয়েটনি অদুবু উকিলদি ওইখিদে। বন্দোপাধ্যায় সাহিত্যশিল্পী অতৈনা তৌবগুম্না কবিতা ইদুনা হৌরক্লম্মী। অদুবু মহাক্না চিংথৈনা মহু থাদোক্লম্লগা উপন্যাস ইবরোমদা চঙথিরম্মী। মহাক্না ঐতিহাসিক বিষয়দা অমসুং অচৌবা পুন্সিদা য়ুমফম ওইরগা ইবা ৱারীমচাশিং খ্বাইনা পামরম্মী। হৌজিক মহাক লোন অসিগী মাঙজিন থংবা লেখক অমা ওইনা লৌনরে। বন্দোপাধ্যায় চঙখোল্লবা ভুত প্রেতকী ৱারী ইরম্মী অমসুং হৌজিক ফাওবদা লোন অসিদা খ্বাইদগী ফজবা ডিটেকটিব ৱারী ইবা লেখক্লি। অচৌবা লোন্দাদা ফজনা ইবা থুৎইনা মহাকপু মাংগা হৌমিল্লখিবা লেখকশিংগী মনুংদা তোপ তোপ তাহনখি। "জাতিস্মর" ( ১৯৩৬ ), "ডিটেকটিব" ( ১৯৩৭ ), "চুয়াচন্দন" ( ১৯৪২ ), "কালকূট" অসিনচিংবসি মহাক্না অহানবা ইখিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংগা মনুং চল্লি। বন্দোপাধ্যায় নাটক থরম্থ ইরম্মী অমসুং মখোয়শিং অসি রঙ্গমঞ্চদা অমসুং চলচিত্রগী পর্দাদা মায়পাক্লা পুখোকখি। নাটকশিং অদুদি মখোয়সিনি, "বন্ধু" ( ১৯৩৭ ), "পথ বেঁধে দিলা" ( ১৯৪১ ), "কালিদাস" ( ১৯৪৩ )।

মানিক বন্দোপাধ্যায় ( ১৯০৮ ১৯৫৬ ) 'বঙ্গশ্রী'' দা মহাক্না ইথিবা "দিবারাত্রির কাব্য'' হায়বসি ফোঙদোকপগা লোইননা মশামকন্তু ফোঙদোক্লম্মী। "দিবারাত্রি" লাইরিক ওইনা সাল ১৯৩৫ দা ফোঙলম্মী, মসিগী তুংদা "পুতুল নাচের ইতিকথা" ( ১৯৩৫ ) ফোঙলম্মী। উপন্যাস অনীসিনা অপাবশিংগী মযমদা লেথক অসিবু খঙনীংবমা পোকহল্লম্মী অমসুং ময়াম খ্বাইনা মহাকপু মশাগী মনীংতম্বা মিৎয়েং লৈবা অমসুং চপচানা ফোঙদোকপা ঙম্বা মৌলিক লেখক্নি হায়না ওল্লম্মী। মসিগী তুংদা হেক ফোঙলকপা মাগী অশাংবা অমসুং অতেনবা রারীশিংদা মহাক খুন্দদা লৈরিবা অচম্বা মীওইশিংগী মথুং অমসুং মপানগী পুক্নিঙ কুপ্পা য়েংশিনবা ঙম্বা লেখক্নি হায়বসি তাকই। তৌইরুম্বসুং মহাকী মমৈথ দা পুথোরকপা রারীশিং অমসুং উপন্যাসশিংদা মহাক মশাগী মনস্তাত্ত্বিক অমসুং প্রচারক অমা ওইবগী ভাব কা হেন্না হাপচিল্লকপদগী সাহিত্যদা অকাযবমা থোকহল্লম্মী। বন্দোপাধ্যাযনা ইবা খ্বাইদগী হেন্না ফাওথিবা উপন্যাস অমসুং রারীমচাগী লাইরিকশিংদি মথাগীসিনি, "জননী" ( ১৯৩৫ ), "অতসী মামী" ( ১৯৩৫ ), "পদ্মানদীর মাঝি'' ( ১৯৩৬ ), "প্রাগৈতিহাসিক" ( ১৯৩৭ ), "মিহি ও মোটা কাহিনী" ( ১৯৩৮ ), "সহরতলী'' ( ১৯৪০-৪১ খণ্ড অনীদা ), "হলুদপোড়া'' ( ১৯৪৫ ), "চতুষ্কোন'' ( ১৯৪৮ ), "সোনার চেয়ে দামী'' ( ১৯৫১-৫২ ), "হরফ'' (১৯৫৪ ), "হলুদ নদী সবুজ বন'' ( ১৯৫৬ ) অসিনচিংবা।

প্রমথনাথ বিশী ( পোকপা ১৯০১) শান্তিনিকেতন স্কুল অমসুং কোলেজদা লাইরিক তম্লম্মী। ঐথোয় মযামগী মমংদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী হৌফম্মক্তদগী ভাব অমসুং প্রভাব মপুন্নিংদা লৌশিল্লকুবগী খুদোংচাবা ফংথিবা লেথক্তি মহাক মথক্তনি। বিশীনা অহানবা ইবা কবিতা চতুর্দশপদীদা ইবা কবিতা মচা মচাশিং ( মথোযশিংগী মরুংদা খরা অমদি "বঙ্গশ্রী''দা অহানবা ফোঙলম্মী ) মথাগী লাইরিক অহুমসিদা থোমজিন্দুনা ফোঙদোক্লম্মী, "প্রাচীন আসামী হইতে'' ( ১৯৩৪ ), "বিদ্যাসুন্দর' ( ১৯৩৪ ) অমসুং "প্রাচীন গীতিকা হইতে'' ( ১৯৩৭ )। হৌজিক্তি মথোয় অসি অমত্তা ফংদ্রে। বিশীনা অকোনবদা ইথিবা অন্নভুতিগী তাঙলবা মগুণ য়াওবা অমসুং তনৌ তনৌবা কবিতাশিং "অকুন্তলা'' ( ১৯৪৬ ), "যুক্তবেনী'' ( ১৯৪৮ ), "উত্তর মেঘ" ( ১৯৫৩ ) অসিনচিংবা কবিতাগী লাইরিকশিং অসিদা য়াওরি। বিশী অশাংবা রারী অমসুং উপন্যাস খরসু ইরম্মী, মথোয়দগী মরুংদা খরদি অসিনি, "পদ্মা'' ( ১৯৩৫ ), "জোড়াদীঘীর চৌধুরী পরিবার'' ( ১৯৩৭ ), "চলনবিল'' ( ১৯৪৯ ) অসিনচিংবা। মহাক অয়াংবা থোম্বোক্তা ইবা রারীমচা ইবদা য়াম্না থুৎলোইরম্মী। মহাক্না ইবা রারীমচাগী মরুওইবা লাইরিকশিংদি মথোয়সিনি, "শ্রীকান্তের পঞ্চম পর্ব'' ( ১৯৩৯ ), "গল্পের মত" ( ১৯৪৫),

"ডাকিনী" ( ১৯৪৫ ), "ব্রহ্মার হাসি" ( ১৯২৮ ) অসিনচিংবা। নোংরিংবা নাটক ইবদস্ত বিশী থ্বাইনা শকথঙথিদবা নত্তে; মহাক্না ইথিবা অসিগুম্বা নাটকশিংদি "ঋনং কৃত্বা" ( ১৯৩৫ ), "ঘৃতং পিবেৎ" ( ১৯৩৬ ), "মৌচাকে ঢিল" ( ১৯২৮ ), "পরিহাস বিজলপিতম" অসিনচিংবনি অমসুং মখোয়সি নাটক পাম্বা কাঙবুনা য়াম্না পাম্নরম্মী।

বিশী মীয়াম্না পাম্নবা গদ্য লেখক্কি অমসুং মহাক্না ইবদা মরক মরক্তা ফাগী-ফারাং তৌদুনা নোংলিংনবা হেক হেক যাওরকপা অসিনা মাগী খুৎইবু থ্বাইদগী তোপতোপ তাহল্লি। মাগী অসিগুম্বা খৎইসিনা প্রমথ চৌধুরীবু অপাবশিংদা হেক হেক নীংশিংহল্লি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মরমদা কুপ্না থিজিন্দুনা লাইরিক কয়ামরুম ইরম্মী। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈগী মপুন্সিবু নিংশিংদুনা ইবা মাগী থ্বাইদগী ফরবা লাইরিকশিংগী মনুং চনবা লাইরিক্কি "রবীন্দ্রনাথ ও শান্তিনিকেতন" ( ১৯২২ ) হায়বসিনি।

অমিয় চক্রবর্তী ( পোকপা ১৯০১ ) মতম কুইনা শান্তিনিকেতনদা লৈরম্মী অমসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী সেক্রেটরী ওইনা গুরু অসিগা নক্না তিন্নরম্মী। মাগী হৌমিন্নথিবা লেখকশিংগা মান্নদবা মাগী থোদোদি মহাক কবিতাদমক ইরম্মী। মহাক লাইরিক কয়ামরুম পুথোক্লম্মী, মখোয়দুদি, "খসড়া" ( ১৯৩৮ ), "একমুঠো" ( ১৯৩৯ ), "পারাপার" ( ১৯৫৩ ), "পালাবদল" ( ১৯৫৫ ) অসিনচিংবসিনি। চক্রবর্তীগী কবিতা মশাদা লৈজবা রীতিদা ই অদুবু করি কবিগুরুদা রবীন্দ্রনাথকীগা য়াম্না মান্নবা হেক হেক য়াওবা থেংনৈ। মথাদা অনুবাদ তৌদুনা পীরিবসি মহাক্না ইবা 'এরোপ্লেন' হায়বা কবিতাদুদগী লৌথোকপনি—

পুন্সিগী মিকুপ মমল নাইত্রবা লম্নি;
পাকচাউরবা অহাঙবা মতমগী মনুংদা
মরিক্কি মায়াগী কাই য়াওদ্রবা য়োৎকুম্বা চমথৈথনুংদা
মরোল মরোল শন্দোকখি
মচুনী মচুমক্তনা অরোইবা'মদ
অরোইবা'মদা মিকুপ্তুগী
কৌই ঐনা মহু হিংলিঙৈ অকরবা মতম;
'তুগী মথাদা হৌরি উপালশিং,
চেল্লি তুরেল কয়া চুংশিরবা মখোয়সু
চৎলি মিকুপ্তুদা; তুকান্দা,

কোলেজদা, রেলগাড়ীদা কয়ম্বা মথলগী
পুল্লিনো মিকুপ্তদা লৈম্বিবা
থগুদে ঐহাক কব্রিস্থ ;
থগুই সিমত্তং ঐ হিংলি মিকুপ্তদা
নওগী তাইবংপান্দা।

তেঙ্গবা ইতিহাস অসিদা সাল ১৯৪১ গী মতুংদা হাযবদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা নোঙ্গাথিবা চহী ওইবদগী অমস্তং অনীক্তবা লাঞ্জাওনা অস্থম অস্থম নকশিল্লকপদগী থোইদোকপা মতাং অমা ওইখিবা মতমসিদা মশাগী থোদোনা মতিক মগুণ ফোঙদোক-চরকপা লেখক পূম্নমক্কু অচাবা মফম পীবা ঙমখিদ্রে। অতুগা ফজরবা অমসুং থ্বাইনা পাম্নরবা লাইরিক কয়ামুক পুথোক্লবস্থ সাহিত্যগী অনৌবা লম্বী নত্রগা অনৌবা খুৎইগী রীতিদি পুথোক্লক্তবা কয়ামুকী রা থম্ন-নৈনবগী খুদোং ফংথিদ্রে। সাহিত্যগী মরিদি ফজবদা তৌবগুম্না মতম চুংদা নৌহুনতা মবৈবা হায়বদি ঐখোয়গী অরিবা লোন্দা হায়রম্বা 'লাবণ্য' ওইবা ( থুমগী মহাও য়াওবা ) হায়বত্থনি।

# য়েংখিবা লাইরিকশিংগী লেখকা কোম্বা মমিং

# ( BIBLIOGRAPHY )

## (ক) সাহিত্যগী ইতিহাস


দে, এস কে—*Bengali Literature in the Nineteenth Century* (1800-1825) কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯১৯

দত্ত, আর সি—*Literature of Bengal,* কলকাতা, ১৮৮৭

ঘোষ, জে সি—*Bengali Literature,* অক্সফোর্ড বিশ্ববিদ্যালয় প্রেস, ১৯৪৮

গুহা ঠাকুরতা, পি—*The Bengali Literature,* লণ্ডন, ১৯৩০

সেন, ডি সি—*History of Bengali Literature,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, অনীশুবা সংস্করণ

*Bengali Ramayana,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৮২০

*Folk Literature of Bengal,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯২০

*Vaishnav Literature of Mediaeval Bengal,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯১৭

"বঙ্গভাষা ও সাহিত্য" ( বাংলাদা ইবা ) কলকাতা, ৮ শুবা সংস্করণ

সেন, সুকুমার—*History of Brajabuli Literature,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৩৫

বাংলা সাহিত্যের ইতিহাস" ( বাংলাদা ইবা ) বর্দ্ধমান সাহিত্য সভা, ৩শুবা সংস্করণ, ১৯৩০-১৯৫৬

"বাংলা সাহিত্যে গদ্য" ( বাংলাদা ইবা ) কলকাতা, ৩শুবা সংস্করণ, ১৯২৯

"বাংলা সাহিত্যের কথা" ( বাংলাদা ইবা ) কলকাতা বিশ্ববিদালয়, ৬ শুবা সংস্করণ, ১৯৫৬

"ইসলামী বাংলা সাহিত্যে" ( বাংলাদা ইবা ) বর্দ্ধমান সাহিত্য সভা, ১৯৫১

Thompson E.J., *Rabindranath Tagore,* কলকাতা, ২ শুবা সংস্করণ, ১৯২৬

*Rabindranath Tagore, Poet and Dramatist,* অক্সফোর্ড বিশ্ববিদ্যালয় প্রেস, ১৯৪৮

Thompson E J & Spenser, A M.—*Bengali Religious Lyrics-Sakta*, কলকাতা, ১৯২৩

## (খ) অনুবাদকী লাইরিকশিং

অবিবা বাংলা

সেন, স্বকুমার—*Old Bengali Texts*, লিঙ্গুইষ্টিক সোসাইটি ওফ ইণ্ডিয়া, ১৯৪৮

ময়ায়ী বাংলা

Chapman J.A.—*Religious Lyrics of Bengal*, কলকাতা, ১৯২৬

Cowell, E.B.—'Kavikankan's Candi' *Journal of the Asiatic Society of Bengal*

মজুমদাব, এন আর, "চৈতণ্যচরিতামৃত" (আদীলিলা) কলকাতা, ১৯২৫

সেন, স্বকুমার:—*Vipradasa's Manasamangal*, ডি এসিযাটিক সোসাইটি, ১৯৫৩

## আধুনিক বাংলা

১। বঙ্কিমচন্দ্র চটোপাধ্যায

"আনন্দমঠ"—অইবা এন সি সেনগুপ্ত, কলকাতা, ১৯০৬

"চন্দ্রশেখর"— „ এম এন রায়চৌধুরী, কলকাতা, ১৯০৪

"চন্দ্রশেখর"— „ ডি সি মল্লিক, কলকাতা, ১৯০৪

"দুর্গেশ নন্দীনি"— „ সি সি মুখোপাধ্যায, কলকাতা, ১৮৮০

( or *The Chieftain's Daughter* )

*Indira and Other Stories*— „ J D. Anderson, কলকাতা, ১৯১৮

"কপালকুণ্ডলা"— „ ডি এন ঘোষাল, কলকাতা, ১৯১৯

"কপালকুণ্ডলা"—অইবা H.A.D. Phillips, লণ্ডন, ১৮৮৫

*Krishnakanta's Will*—Miriam S Knight (with introduction, glossary and notes by J F. Blumhardt, লণ্ডন, ১৮৯৫

"রাধারাণী"— „ আ সি মৌলিক, কলকাতা, ১৯১০

"রজনী"— „ পি মজুমদার, কলকাতা, ১৯২৮

"সীতারাম"— „ এস মুখোপাধ্যায, কলকাতা, ১৯০৩

*Sree, An Episode From Sitaram*— পি এন বস্থ অমস্থং H. Moreno কলকাতা, ১৯১৯

*The Poison Tree*— Miriam S. Knight ( with a preface by Edwin Arnold ) লণ্ডন, ১৮৮৪

*The Two Rings*—অইবা আর সি বন্দোপাধ্যায়, ১৮৯৭

*The Two Rings and Radharani*— ,, ডি সি রায়, কলকাতা, ১৯১৯

"যুগোলাঙ্গুরিয়"— ,, পি এন বস্থ অমস্থংH.W.B. Moreno, কলকাতা, ১৯১৩

২। শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

"শ্রীকান্ত"—অইবা কে সি সেন অমস্থং Theodoria Thompson (with an introduction by E.J. Thompson ) ওক্সফোর্ড বিশ্ববিদ্যালয় প্রেস, ১৯২২

*Deliverence*— ,, দিলিপ কুমার রায় ( শ্রীঅরবিন্দনা অরাৎ-অপা য়েংঙবা অমস্থং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা রাহোদোক ইবা )

৩। প্রমথ চৌধুরী

*Tales of Four Friends*—অইবা ইন্দিরা দেবী চৌধুরানী

৪। স্বর্ণকুমারী দেবী

*To Whom ?*— অইবা শোভনা দেবী কলকাতা, ১৯০৭

৫। মাইকেল মধুস্থদন দত্ত

"শর্মিষ্ঠা"— অইবা মশা কলকাতা, ১৮৫৯

৬। মাইকেল মধুস্থদন দত্ত অমস্থং গিরিশচন্দ্র ঘোষ

*The Meghnad Bodh* or the Death of the Prince of Lanka, ( A tragedy in five Acts, as performed at the National Theatre, Beadon Street, revised and corrected by the Rev. Lal Behary Dey ), Calcutta.

৭। রমেশচন্দ্র দত্ত

*The Lake of Palms*—অইবা মশা, লণ্ডন, ১৯০২

৮। তারকনাথ গঙ্গোপাধ্যায়

*The Brothers*—অইবা Edward Thompson, ১৯২৮

৯। দীনবন্ধু মিত্র

"নীলদর্পন"—কলকাতা, ১৮৬১

১০। প্যারীচরণ মিত্র

*The Spoilt Child*—অইবা G.D. Oswell, লণ্ডন, ১৮৯৩

১১। প্রভাতকুমার মুখোপাধ্যায়

*Stories of Bengali Life* by Miriam S. Knight and the author, কলকাতা, ১৯১২

১২। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

*Broken Ties*—লণ্ডন, ১৯১৬
*Collected Poems and Plays*—লণ্ডন, ১৯৩৬
*Four Chapters*—কলকাতা, ১৯৫০
*Glimpses of Bengal*—লণ্ডন, ১৯২১
"গোরা"—লণ্ডন, ১৯২৪
*Hungry Stones*—লণ্ডন, ১৯১৬
*Mashi and Other Stories*—লণ্ডন, ১৯১৮
*My Boyhood Days*—কলকাতা, ১৯৪০
*My Reminiscences*—লণ্ডন, ১৯১৭
*Red Orleanders*—লণ্ডন, ১৯২৫
*The Home and the World*—লণ্ডন, ১৯১৯
*The Parriot's Training and Other Stories*—লণ্ডন, ১৯১৮
*The Wreck*—লণ্ডন, ১৯২১
*Two Sisters*—কলকাতা, ১৯০৫
"বিনোদিনী"—নয়া দিল্লী, ১৯৬৮
"চতুরঙ্গ"—নয়া দিল্লী, ১৯৬৭

১৩। রামনারায়ণ তর্করত্ন

"রত্নাবলী"—অইবা মাইকেল মধুসূদন দত্ত, কলকাতা, ১৮৫৮

১৪। বিভূতি ভূষণ বন্দোপাধ্যায়

"পথের পঞ্চালী"—অইবা T.W. Clark অমসুং তারাপদ মুখোপাধ্যায়, লণ্ডন, ১৯৬৮

(গ) অতৈ অতৈ


বন্দোপাধ্যায়, আর ডি—*Origin of the Bengali Script,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯১৯

বসু, বুদ্ধদেব—*An Acre of Green Grass,* কলকাতা, ১৯৪৮

চট্টোপাধ্যায়, এস কে—*Origin and Development of Bengali Language,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯২৬

দাসগুপ্ত, জে—*A Critical Study of the Life and Novels of Bankimchandra,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৩৭

কবির, হুমায়ুন—"শরৎচন্দ্র", বোম্বাই, ১৯৪২

রায়, এ অমসুং এল—*Bengali Literature,* ১৯৪২

রায়, এ—*Challenging Decade,* কলকাতা, ১৯৫৩

সেন, পি আর—*Western Influence in Bengali Literature,* কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৩২

সেনগুপ্ত, এস সি—*The Great Sentinel,* কলকাতা ১৯৪৮

"শরৎচন্দ্র" কলকাতা, ১৯৪৫


---